## শ্রীশ্রীশ্রীখম্বা মহাপ্রভু

লাইনা উনখিদবা মীগী অথু
মীগী ওইনা উত্তুনা জীবই
পিনবিগে থৌজানবি লাইগী
মাবু মিংশিংজবদা লানখিবা
খম্বা মহাপ্রভু নংগী নখোং
কোমজন্থনা খম্মোইদা থুরমা

## শ্রীশ্রীশ্রীকৃষ্ণ

মীনা লাইনা উনবা ফংনদ্রবা
নংনা থুম্না থোনখিবা বৃন্দাবনগী
শ্রীকৃষ্ণ মহাকীদি নখোং পাম্পুং
তোম্বনা চংজগে পিবিয়ু

# গোলোক পতি শ্রীকৃষ্ণ শ্রীশ্রীকৃষ্ণ

গোলোক বৃন্দাবনদা ...ংতবা রাস লীলাবু,
... মনিং ... যোমবিবা মপুবু,
মবদি ঐহাক্না খুবাং চাংজো স্নুপ্ত না,
...জরি 'স্মূমা পাংজদবা অতাক্লনা :—
গোলোকনাথ শ্রীকৃষ্ণনা
...লা তোগে হায়বগীদমক
মথুরাদা কংসগী কৈশুম-সংদা
...গী ... ...কৃপিয়াব ।
স্মুম্বা দেবকীনা পোকচয়বা
শ্রীভগবানবু নন্দযশোদানা মতুংদা
য়োকচয়ে ।
শ্রীকৃষ্ণনা মধ্য বৃন্দাবন্দা
রাস লীলাবু শান্নখরে ।
'হুদগী মণিপুরদা থম্বা মহাপ্রভু
স্নুম্না অমা পোকপিহনা
হয়াওনা লীলা শাম্নরে ॥
'স্মুম্না অমুত- সমক্ত লীলাগী
মরিক 'অমতংবু তোম্লবা ঐনা ইজবি ॥

পাংদবা লাইরিক হবা
শ্রীঅঙাংহল সিংহ

# খম্ব-থোইবী-শৈরেং


| হিরম | | লামাই |
| --- | --- | --- |
| **অহানবা লাইরিক** | | |
| শন লেনবা | ... | ১ |
| কাং শান্নবা | ... | [illegible] |
| -চিংবা | ... | ৪১ |
| কাংজৈ | ... | ৫৬ |
| লৈ হেকপা | .... | ৯৩ |
| কী বায়বা | ... | ১২৩ |
| লৈরাংবা | ... | ১৬২ |
| ল-য়োল | .... | ১৮৭ |
| ল য়েনবা | .... | ২০৩ |
| ঙগোই | .... | ২১৯ |
| লমজেল | .... | ২৩৭—৩১২ |
| **অনিশুবা লাইরিক** | | |
| কাও | ... | ১ |
| টকায় | .... | ২০৯ |
| হজিং | ... | ২৪২ |
| ভাবুং শাদানবা | ... | ২৯০ |
| মু খোংয়েৎপা | ... | ৩১১—৩৮৪ |
| **অহুমশুবা লাইরিক** | | |
| মু খোংগী বিচার | ... | ১ |
| মুখোংগী শোকপদগী খন্না নাবা | ... | ৮১ |
| লাইখোবা | .... | ১০১ |
| টংখুবা বন্দিদগী থাদোকপা | ... | ১০৩ |
| লাই থাবা | ... | ১০৭ |

| হিরম | লামাই |
|---|---|
| থোইবীনা কবোদা লাকপা ... | ১৩৮ |
| থোইবীনা কবোদা থুংবা ... | ১৬৭ |
| থোইবীনা কবোদা কাং শান্নবা ... | ১৭৫ |
| থোইবীনা কবোদা শিং চন্নবা ... | ১৯১ |
| থোইবীনা কবোদা লোং থোনবা ... | [illegible] |
| ফি শাবা তান্নবা ... | ২১৩ |
| খম্বনা কবোদা কোয়বা .. | ২১৮ |
| খম্বনা কবোদা কোয়ক্লবগী বাথোক অমম্থুং বিচার | ২৪০ |
| লোইকাবা ... | ২৫৬ |
| কংলা বিচার .... | ৩৪৬—৩৯৫ |

## মরিশুবা লাইরিক

| | |
|---|---|
| থোইবীনা তা বাইবা লাকপা ... | ১ |
| খম্বনা থোংলেনগী তা বাইবা লাকপা ... | ৭ |
| খম্ব-নোংবান অনিনা কৈ ফাবা কুম্মকপা .... | ১৫ |
| খম্ব নোংবান অনিনা পন্নুং চংবা .. | ৩৪ |
| অনি খংনতুনা পন্নুংদগী থোরকপা .. | ৫৯ |
| অকোনবা পন্নুং চংবা ... | ৭২ |
| খম্বনা নোংবান পোহনা পন্নুংদগী থোবকপা ... | ৯০ |
| পন্নুং মৈ থান্নকপা খম্ব অমুক চংলকপা .. | ১০৫ |
| ফুবালাগী কৈবাও পুবকপা হন্নুবা ... | [illegible] |
| কৈগী মনা পীবা .... | [illegible] |
| কোন্নুংদা হল্লকপা .... | |
| খম্বা থোইবী লুহোংবা ... | ১৫৫—১[illegible] |

---

ছাপা নম্বদা থুদোংচাব যেংতুনা লাইরিক মরি থোকনা থাইদোকুনা
'লামাই মশিং শেমলে ।

# হৌরকফম

মীগী সাইওন্দা লাইগী মপু ওইরবা শ্রীশ্রীখম্বা থোইবী অনিগী লীলা অসি অপাংবা লাইরিক ইবগী নাকোংদা চায়কনা অসি শক্লেপ্লমি। মীয়োন খংলকপদগী মাগী সৃষ্বা লীলা অসিগী ইপান্থক অকংবা উনা ওইতুনা থমোই অসিনা তাওতুনা লাকই; ণকনিং শোম্নিং ইনিংবনা পুক্লিং অসি লাংতক্লবকই। পুন্সিগী চহি মতাং ৩৪/৫ সুবদা মঙ্গরমগে নিংলে। ওঝা অমগী চবন্দা চংঙবগে নিংলতুনা, অহল ওইববা খংলবা ওঝা স্বর্গীয় ৺উবিক খনবা কৌবা অফাওবা ওঝা ইবুংঙো অমগী চরন্দা অহানবা ংই। ঐনা নিংজবিবা পুক্লিংগী ৱাসি ঐনা শেংনা হায়দোকপদা ইতিক চাদনস্ত ওঝানা উবিখিবগুম তৌরমাল্লে, মবম্লগা অরুবা ওইবনে, পাত্রনগা চাদরে, ঐনা হায়দোকপদনগা ৱায়োংদরে— থবক অসি পাংথোকপা ঙমদবে। ঐগী অনংবনা ঐবু নমসিন্দুনা অমুক থম্বিখবে।

ঐগী চহি নিফুগী মতাং য়েখবে; নোংমা ঐগী ইমাক (স্বর্গীয় ৺সাব চুডার্চান্দ সিংহ কে, সি, এস, আই, সি, বি, ঈ, মণিপুরেশ্বর মহারাজগী মমাক) ইবুংঙো শ্রীযুক্ত কৃষ্ণমোহন সিংহ এম, এ, বি, এল গা, শ্রীযুৎ ৱাইখোম ইবোতোন সিংহ ওরফে লেুংবা সিংহ কৌবা ইনাওশিং অমগীদা চংথোকউবদা খোংজোম পর্বগী শৈশক ওইনা স্বর্গীয় ৺কুলিজাও সিংহ কৌবা অমনা ইংঙো ইবেম্মা অনিগী ৱাকতাগী লমজেন মতাং শরুম্বদা তাকই। মাগী সৃষ্বা লীলাসিংগী বস অসিদা থুপ্তুনা থম্বা ঙমখিদরে— সৃম্বা লীলা অসিবু ইজনিংখ্রে. মাসিদা গুরুগী কৃপা ফংলবা মতৈ ঐগী পেনা শকপা ওঝাশিংনা চহি কয়া কয়াগী মমাংদগী পক্লতুনা লাক্লবনিনা ঐনা ইরুতুনা মীনা অমত্থং লাইনা তাক্লি য়ংনিংগদবা লৈতরে মমিমকপু মানবা ঙমগনি হায়বা থাজদগে

অসিনা মরম ওইদুনা ইবা ওমজদারে । অদুগা এখোই মৈতৈ জাৎতিগী লাইবক থিবা অমদি অসুম্বা লীলা অসিবু ওঝাশিংগী (চিন্দগী) তাবা নৎতনা পাওনা মুংঙাইননবা লাইবিক মপুংফাবা (লাইবিব) অমুম্বা ফংদবা অসিমক্ত ওনখোবপা ওঝোকপনি" হায়দোকউরে। 'কবিরাজনা। এগী লৈজবা খরনা ইবগা লোইরে মীগী তাকবরু এগী ওইনা যাববা? অদুগা রা তমম- মান্নাখোই অহল ওংবনা হবিবমদা, নহাক্না তৌকবগদুম অমুক হেন্না মানখবরোই।" হায়দিবনই ।

অদু অথেন খংদ্রবা এগী খংনবগী মশক ওইবা ইমার ইবংগো তসগী রাহৈ খব অসিনা এগী মন্ত্র ওইখরে। মমিং তাদগা এগী ইক্তা এগী লেজবা খবনা মগী চবন্দা কংচবগে হায়না পুক্লিং চপ লেপই। তদুগা লীলা অসিগী পাসাইহু মক্ত-খিব লাইবিক মওং অসি খংদবগী মরম পসিমগাস্ত তাসোননা লেবগুমনা নানা ফাওই।

ইমিং থেদনা, অপংবা এনি, নিখিবনা ববমনা মঙ্গদা ইগদগে হায়বসি মীওঙান খুদিংনা তং। হৌই। এগী মুংশিডবা ইনাও মবুক তিংবদা মপা নাইবা স্বর্গীয় পুত্রম্বম তোমচৌবা সিংহ এম, এনা খম্বা খোইদিংগী রচনা ওইনা ইযু হায়না তাকপি অদুগা হায়বিবা এগী ইমার শ্রীযুৎ ব্রজমোহন সিংহ এম, এ, বি, এলনা লাইনা তকন শরননম্বা। অদুমক ইযু চায়না তাবপি। মোত অনি খেনবাসি খাইদা অকবা নং। তশকপা, অতাবনা ইবুংঙো হৌবেম্মা চনিশা চন্দা লোবা হৈতবগী অমকপা লৈখোম চোংহল্লি হায়বগানি।

নংলবা এগা পুন্সিগা অহাংবা মতম ওই-ঙাইদুনা মমন য়াওদবা থবক্কুম্না নানা তনিশা রাবি মথং মনাও থিবা হৌই। এগী গ্রাম সমন্ধগী খাম্বা রাহেংবম তোমচৌ সিংহ কৈশামথোং, ছইনিংসম্বম চাওবসিংহ থাংমেবন-তফিনচিংবদা চংক্ত। ওঝাশিং

অসিগী জীবিকাগী অচিনবা উবা তমস্সুং ঐগী ইরাখন খরদগী অতৈ ওঝাশিংগী অমুক তোপ্পা খোংগুল লীবা হৌজে।

মতম অসিগী ওঝা খিবিক্কুগী অহন অমনি হায়রিবি, লাইগুরু হাক্কুক্কুগী নিংথৌলোন কয়াদগী ঐখোয়গী মরুপ্পা নিংথিবা মিংচং কংলকউবা, ঐগী ইক্কমদা মনি কয়াদগী তেম্নবা শ্রীযুৎ চুংখাম মুনিকসিংহ কৌবা ওঝা ইবুংগোবু লৈবনি হায়না মরুপ মপাংনা তাকপি। ওঝা ইবুংঙোগী চরনদা অ.শা তৌজরে। ঐগী জীবিকাগী ফমফম শিন্নবা নুংশিজবনা ঐগী ইতাও শ্রীযুৎ লাইরিকয়েংবম বেদবায শর্মাই লাইরিকয়েংবম লৈকাই মহাক্কী পুবিদুনা ওঝা ইবুংঙোগী চংনব ওম্মাইমী খুমিন্তা ইহান হানবা উজবা ফংহনবিবে। ওঝা ইবুংঙোগী শ্রীমুখদগী লীলা অসি অমুক তাজরে।

ঐনা ঐগী অনংবনা মংম ওইখবে,- জীবিকাগী মতম খুগাংনা চুমখিদবে। ওঝা ইবুংঙোগী তহাংবা মতমদি য়েংদবে। অরাংপা পোংলুম নঙ্গনা ঐগী দমক্তা ওঝা ইবুংঙোনা মতম মাংই, অরা। বলা পুৱিবে। অদিং চুপ্পা তুমদনা মপুসনা খোগন তৌকবদগী চে খিবদা মচাইবিরবু ঐনা অয়ুক-চক্তা হেক চৎলি, ওঝা ইবুংঙোগী, পুকচেল ফবী ইমা ইবেম্মা শ্রীমতি অনৌবী কৌবীনা ঐনু উবগা থিন্দে হেকতা হংগৎলি। তুমদরে অতুম লংখংলে, অতুম্মা ঐগী তহাংবা মতমদদা লীলা অসি লিবি। মপোক কোটিদা শিংবা ওম্মারোইদবা লমনবু পাংদবা ঐনা তোনজহৌই।

ওঝা ইবুংঙোগী রাহৈ-শৈরেংগী মপৈ, শ্রীমুখদগী চেনথোকপা পুম্ব মপুংফানা লৌশিনবা ঙমদতুনা রাখরে। পোল্লাংগুম্বা থংমাইনিনা হাপউবা মণি পুম্বা ওঝাগী সংগাই মাংগোন্দা অতুম থাহৌই। অপৌবা মফোন খরা পকহৌবা অতু পুতুনা লাকই।

অসুম্না শনসেনবদগী হৌদুনা লুহোংবা নুমিৎ ফাওবগী লীবা মতাং অসি ওঝা ইবুংঙোগী শ্রীমুখদগী শ্রীগুরুদেবগী কৃপাদগী ইজে।

ইবেম্মনা কবোদগী কারকপদা মনাই নাইজহনবনা লীলা অমসুং তাকপা লম্মিং তুমিংকী রারী ময়াম অসিগুম্বদি চাওবগী মথক্তা চাওখিগনি হায়বগী লাইরিক অসিনা থাদোকই। ওঝা ইবুংঙোশিংগী য়াথং মতুং ইন্না চিংথদনা ইরবদি লামাই লিশিং অঙ্গমদগী খরতা তাবা য়াই। করিনা হায়বদা উনা অমদা ওঝাশিংনা পুং অমা শকপা সুম্বা গুরুশিংগী গুণনি।

ইচিন ইরৈ শাংবগী ওন্ন-তৈননা, থাও মরক্তা ঈশিং চোংবগুম ইরাহৈ কয়া য়াওরম্বদি অপংবা অইবগী দোষ ওইজগনি। ওঝা ইবুংঙোগী অমৃত ওইবা য়াথং অতুতবু পৈজগে নিংবনা ঐগী আশানি।

নোংমাইজিং নুমিত্তা তাজরুবা রারি অতুনা আফিসগী মমাং ওইবা অঙনবা য়ুমদা মী-পোং লাক্তুবা অহাংবা মতমদা পুং ১/২/১/২ নুমিৎ ৬নি চংনা সিন্দোকচৈ। অসুম্না লাইরিক অসি ইজরকপদা এনা অমুক রাজবনা, এনা ইজরিবা অতুবু অমুক শেমদোক সিন্দোকচরুবা লৈখিদরে, অমুক্তা অতুম লোই। অসিনা চহি ১॥ রোম ইখি।

লাইরিক অসি ইবা চহি ৩ খর হেল্লকপদা নোংমা ঐগী জীবিকাগী তুংফম ওইবা চৈরাপ কোর্টতা সাধুজিউ অমা লেংসিল্লকই।

সাধুজিউনা লেংবিরকপগী মরম হংজবদা—ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মরম অমা হংবিবকই। খংদবগী খংদবা অতাক্না খংদে হায়জরে। খংবা য়াবা শ্রীযুক্ত ওঝা মনিকসিংহ কৌবা অমা লৈ হায়না ওঝা ইবুংঙোগী সংগাই সাধুজিউদা হংগংচৈ। ওঝাগী তান্না

সাধুজিউ অত্নম লেংখরে। পংবদগী মুমিং অসিদা সাধুজিউগী পরিচয়নচিংবা হংজহৌদে। ঐবু অপংবনি হায়না উবিবদগী সাধু-জিউগী মপান নাইদবা গুম্না মরম ওইহনা মুমিং খরগী তুংদা "নংনা ইরিবা অত্ন করিনো" হায়না হংখিরে। অদুগা ইফুঙো ইবেম্মা অনিগী লীলা অদুগা মরম অপুম্বা তাকপিররে।

মহাত্মা বিষ্ণুপাদ শ্রীযুৎ মধুসুদন গোস্বামী অসিনা কৃপা তৌবিহনা অমম্বা ঐগী থমোইগী অমকপা পুম্বা শেংদোকপিরে মপান নাইদবা শ্রীগুরুদেবগী গুনা-গুনবু তাকপিরে। মহাত্মা গোস্বামীগী কৃপাদগী লাইরিক অসিগী মকোক্তা শ্রীগুরুদেবগী, শ্রীশ্রীখম্বা মহাপ্রভুগী, মধ্য বৃন্দাবনগী, গোলক বৃন্দাবনগী, শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী চরনবু হকমবগী শৈরেং খর অসি ইজে। ঐগী পাংদবা ইপোক অসিদা শ্রীগুরুদেব মনিকসিংহ বিষ্ণুপাদ মহাত্মা গোস্বামী অমস্তুং মথক্তা ইজখ্রিবা নী খিবিক অসিগী লমন তোনজরি। শ্রীগুরুগী পাওতাক অমস্তুং সাধুগী গুণ খর অত্নদবু ঐনা মরৈ লোম্বানা তাংবগুম্না ইজবনি।

ইতি—

**হিজম অঙাংহল সিংহ**

সাং য়াইস্কুল, হিরুহনবা লৈকাই।

# খম্ব থোইবী শৈরেং



## অহানবা শরুপ

### শন সেনবা

কেগে মোইরাং লৈপাক্তা হন্না য়েংবা উদ্রবা,
মগী দমক হাযদনা তুম্মিং ফাওবা পাইদ্রবা,
কেগে সারা ওইরবা মোইরাং লমজা তারবা,
খম্ব-খমনু কৌবদি মচিন-মৌপ্‌বা অনিনি!
ঝাখ্রে খম্বা ওসিদি মচেম তুগী দমক্তা!
মচেম খমনু য়েংহনা খম্বা মামা হায়রকই—
"পলেম শেম্বি ইচেম-হল! ইচেম্ কোয়রোই, ইমা!
ঐনা মীরোন খংদ্রিবৈঙে ৱাবিয়রক্লে ইমানা!
লৈকাই ফৌস্থ-লংবনা খুবাক মরোন হুয়রক্লে।
পৱাব ফৌগং পুবদা লৱাই কোয়রেল পারক্লে!
খুমং ঐবু য়োকপদা ইমা শকপী ইচেম-হল।
লৈকাই থুমথোং খুদিংদা কোরো নুমিৎ খুদিংগী
চে-নি ফৌ-নি চৎপসে, তোকপিরোনে ইচেম-হল!
ঐ পাংগন চাওরেদো ইচেগী মহুৎ শিল্লগে।
মেন ঐহাক চৎলগে কেগে ইনাক্ খুনবদা
শল্লংলগে ঐহাক্লা ইচেম অমুক য়োক্লগে?
'চে! করি হায়বগে য়াবিয়ুবা ইমামা!!"—
ইহু নিংথৌ কৈদগী কেগে মোইরাং লৈপাকতা

কোম্থোং অমি লান্দ্রিবা নোংয়াই নংনা করম্না,
কেগে লৈপাক অসিদা কদায় শিল্লংউগনি !
সিম্নু লায়রে মতোক-ও, ইচেম-পনবু পন্নিংদে !
হায়দাসিন্নু কল্লায়নো খুম্বা নংগী দমক্লি !
করম্ পুথোক্লসিগে নংবু মোইরাং মমাংদা।
চন্নু নিঙোল কয়ানি—নমাল্লগা লর্থা ম !
লমজা ওইবা নংগীদি নোংয়াই ! কম লৈতেদো !
নচেম ওইবী ঐনদি নুজা পাংগল-ওইবনা
খুমন হৈনা-নতুংদি হল্লবদি ঙম্মোইদো !
সমু-হেরা গুম্বা নোংয়াই নগী নংঙৈনি.
কেগে মীরক তিল্লরো, শিন্নকুরংনিনা
চানবিবম্নু ম্লাঙগনি তোংগিনম্নু লাকনি।
চংথোক্কম্নু ইবুংঙো ; থোকহনিংদে ইচেম্না।
খুমন মতম লাবনি—পন্দেনদ্রো অমিনা
পিথোবম্মে ইচেমবু অদোম ফরোকজাদা !
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা অঙে মগুম অসিনা
নোংযাই উপায ওইববা-নচে. হৈনা চংলগা
মতম তুদা ইবুংঙো ! কেগে মীরক তিনগনি
নোংয়াই নবুক অচৌবা থল্লে থগা চাখিনি,
নোংমা ফাদোক থন্দবা খুমন সুম্মা পাংখিসি॥”
রারম অসি হায়তুমা মতু নিংথৌ খামজিল্লি।
চরৈ সেগাইরবদি অমতংবু ইংখৎলে !
নুতি খুদিংমদোগুম লৈকায় মুখোং খুদিংদা
মিরুরগে হায়তুনা চংকে তৈরে মচেমদো॥
লাইরবীগী মবুক্তা মওন-মওন-খল্লকই।-
“পাখং মবুক চাওবগী থনখিদর-বোইরেকো !
পাখং মানা মুরগা খিংতি য়াম্না থোক্কনি।

‘তুগা মনিং থুংগনি চাব-মরাং কায়গনি,
ইহু নিংথৌ মবুক্তা থল্লবোইকো।” নিংখরে।
লমজা লাইরবীদুদি মিংস্না থম্বাল-মানবীদো
তরং লাইজা ই-হৌরে, রাবা পন্দোল লোমজখি॥
খম্ব-মানা খনবদি ইতোপ-তোপ্পা অমনি।
কনাগুম্বা অমনা নুংশিবীবা কয়ানা;
নুজা মচেম অদুবু য়েংলম দনা ওইবগী,
“খম্ব-নংবু শিংল্লউ নচেন অসি রারেদা।”
হায়বিরকপা য়াওরকই। খম্বা মানা ইকাইখি।
লৈকাই রাকমাসিদগী চৎরজবনি মচেমদা॥
অওইবস্ব য়েং-ঙমদ্রে নুরা লনজ খমনু দো॥
অফবদি লোফংদা রাই মরু লিংউ-গুম
মচেম পোথারসনু মচেন য়োক্কে নিংখরে;
মাগী মরা লৌথনা খম্বা রাখল তৌখরে॥
নুজা মচেম অদুনা লৈখাক্ খুদিং চৎপগুম
চংলমদাইদা খামখরে ম্ব মচেম্ খম্নুবু॥
ইংক লকই মচেমদো—“ইহু নিংথৌ মবুংঙো!
হায়নু ইচেম চৎচগে, নংনা করম শিল্লংবা?
হায়না হংই খম্নুনা ইনে হকই খম্নুদো।
খুমন মানা—“করিনো! ইম শকপী ইচেমহল!
হায়রুনিন করিনো! পোংপ তৌরু তৌরুনি
ই ফাল্লু ফাল্লূমিনা। তুগী মতিক চাবদো
ফংজগনি অম্ব-মল্ স্নম্না স্নম্না স্নরুনি
কেগে মোইরাং অসিদা করি সুখম লৈজনি!”
হায়জরকই মচেমদা। - “কৈদগীনো তৌরুনু!
চেম নিজরুগনি।” হায়রে খমনু য়াদরে॥
খম্বা মচেম চোরোন কোল্লে মফী ঙক্তা য়েৎনা
পলেম ইচেম ইবেম্মা! পোকপদগী ওসি-ফাও,

লমজা ইচেম লাইরবী নংনা কোয়না নিকবা
'ক্ংব-চুদা চারকই, মাচুতা শেৎচরকই,
নচু নিংথৌ ঐহাক্না ইমিং ইখা তৌহুনা
শিম্না চাগে সি-হাওতে হাযজরক্কে ঙসি-ফাও।
ঙসি মুমিং অসিদা ঐনা পাম্বা 'মতদি
নিজগেমে ইচেদা পিবিযুবা ইচেনা !
হাযজরকই নিরক্লে॥ মচেম তুনা- "ইবুংঙো !
হায়ু হায়ু ইচেমদা নোংযাই করি পাম্বগে ?"
হাযজরকই মৌপ্‌াদা বাৎত-পাদ মচেমগুম॥
খম্বা মখুং লোম্নরে মিত্তা পিবু তাহুনা –
"পল্লেম ইমা ইবেম্মা ! লমজা ইচেম লাইরবী !
নচু নিংথৌ ঐগীদি পল্লেম পম্থৌ অনিনা
চরৈ মচেং অম-ফাও থম্বিরমদ্রে লৈতরে।
কৈরোইজাম্বা ইবাইদা খম্বা ঐনা ইরম্না,
থিল্লোইদোরে ইচেম বু। অঙোম মাগী মরম্না,
ইচেম-বু লুহোংবদি নচু নিংথৌ তৌনিংদে।
পাঙ্গন শোনবী ইচেম্না তরা চনিরতুনা,
যোক্লে নচু নিংথৌবু পাংগন চাওরে হৌজিক্তি।
ইচেম নংগী সেবাদো তৌজরগে ঐহাক্না।
চৎথোক-তনা লৈবিরো শিল্লংক্করগে ঐ।
ঐনা থোকচবকপা ইরনতুনা শেম্‌জগে !
মাসিতদি ইচেম্না পিনবিয়ুব' ঐবু।"
হাম্নরে মচেম খুরমগ্রে। খমনু খল্লি মবুক্তা
চুমখরেদা ইবুংঙো। সিবু – নংবু করম্না।
লৈকাই শিল্লংঙুরোদি থারসিগে ইচেম্না॥
খনগ্রে খমনু কপখরে মওন-মওন খন্দুনা॥
খুমখিদরে মচেমদো- চৎনু হাযসি কদায়নো,

নিংথিজবা খম্বগী রাখল ভুনা চুম্বনা
চংকন্নুম্ব হায়ঙনদা খম্নু কৌবি রাথরে।
'কনাগুম্বা অমনা মতিক চানা পিবিন্নি।
কন্না'মনা য়েংবিরোই অরাবন্না হেন্নগন্নি।
মঙাই-সূরে অমতা তরাই-সূরে অনিতা,
সূদ্রে চরা হেনগনি, লাইরবগী অরাবা !!
মতিক চানা লোগে হায়রুরবম্ব সূহল্লোই !!
নপোক-তৈগী সূরক্তা নপাগন্নদি চাওবা,
রাব-মখৈ সূরুরো মবুকনদি চাওবগী
থোকচরকপা অভুনা লমজ নবুক থন্দরো!
নোংয়াই করম তৌগনি! কেগে মোইরাং লৈপাক্তা—
তাংপ্রবনি মহাক্তি। খুমন নংগী শকতুনা
শিল্লংউনি কমাদা। কমদৌসিবা ইবুংঙো।
নোংয়াই মতৌ অসিবু ইচেম য়েংবা ঙমদরে!!"
খল্লি রাদি ঙাংদন্নি। নূরা মিৎলু অনিদো
পি-না পুমথুম থুম্মকই। নোংয়াই মায়থোং য়েং-ঙমদে
সুম্না লৈরে খম্নুদো। খম্বা মানা য়েং-ঙমদ্রে,
মচেমতুবু য়েংতুনা—'ইমা শকপী ইচেম-হল
করি চিংনরুবগে! কেগে মচা লথা-ন্নি,
মোইরাং-লাইর' কয়ানি ঐদা নত্তে রারুনু।"
হায়না মচেম থেমজিল্লি। মোপ্রাই রাহু তারগা
ভুনা থোইনা রাথরে—খমনু লৈবা ঙমখিদ্রে।
কেগে মোইরাং লৈপাকতা পন্থো মানা পাল্লম্বা,
অকাবদা পগোন-তোং অকুম্বদা দোলাই-তোং;
মপা মমা লৈরদি সুম তৌরোইদবনিকো
ইপা ভুগী মচানি খম্বা! লাইবক থিদকো!
সুম্না কয়া খল্লগা মখৈ থংদা মচেম্না—

’চেম্নগী ইবুংঙো চংলো? নোংয়াই ঙসি য়েংঙু খো।
হায়বিরকই। খম্বদো— হরাওজবে নুংঙাইজে।
“হোয়নে ইচে” হায়রব সাই। মচেদি তুমিন য়েংই।
পাখং লিবেল-লীতোম-পোক, লীচে মতুপ অমবু,
খুমন খুংতা পায়খৎলে। সেগাইরবা ঙবোং’মা
পাখং মমদা ইনখৎলে। ’মোংপা খুদৈ অমা-শেং
খম্বা মচেম খুকম্মে লমজানচা থোরক্লে॥
হোজং ঋাংমা লান্দুনা চেংগৈ পন্দোম য়োরক্লে।
খম্ব-চপ-হেক লেপউরে লীচৈ খদাং শোড়ুনা।
মোইরাং কমাই মযুমদা শিল্লংসি খল্লকই,
চৎকদবা মাযবৈবু খুমন মনা যেনবই।
মায়কৈ সিদা অসি লৈ ইনাক খুংনা খড়ুনি,
হায়বা পুম্বা অসিদি খংদে লংতা হংদে॥
য়ুমথোং অনি স্তনদি লাঙ্গবা মাংক্রি।
“কেগে মোইরাং খুল্লক্তা কোযনা চৎকে যেংলগে!
মশন সংগোন থল্লম্বা যুদ্ধল কেনান লুচাইবা,
চংগে মতা যেংহুনা”—খল্লে লোংখাং মতুক্তা॥
খোয়য়ুম মানা পুবগুম থুংফন মথম খুংদনা,
মমায় কৌক্রু পাংলন লমজা খম্ব। চৎলক্লে।
লমদম খর চৎলগা হোজং অমা থেংনরে।
খুমন-মানা যেংবদা নুঙাই-যাইক-পইনা-উই।
মশম-সংগোন থম্মা-লৈ সংগোন সংসাং থগ্নন উই।
‘ইনাক খুনবা হাযববু সিমিদনা লৈরেদো”
খল্লহুনা খম্বদো চংদ্রকই য়ুম-ড়ুদা।
নোংয়াই কোয়না যেংলকই—’কৈন লৈন হৌরিবা
য়ুম অসিমা নিংথিবা ফজরিবা চাওরিবা
শল-অসিনা য়ামইবা; খুনগ্রবোইদা নিপা-সে”

খম্বা য়েংনা চংলকই, সুম্বাং মখোন য়ৌরকই।
বৃন্দা মখোং মক্তদা খম্বা চাওথ্রোক লেপথৈরে।
খোয়ুম মাগী নোংদম্বা চংউরেদো খম্বদো—
শিল্লংগনি হায়রুনা; চিংখু-নহা-তেল-হৈবা
য়াংবা-নহা পাঞ্জুম্বা যুবরাজে ময়ুমদা।।
চিংখুবনা কমেন্দা তিকি থমচারুত্তুনা
তোংজৈ থবুং শাবনে সনা য়োম্বা হিদাকফু।
খুদোং চেপ্-কান্দরমই তাংজ লৈদ লুকতুনা।।
মাংসোক উখোক তেন দুদা কমই নূরা ভাগুনা
মজাই বেম্বা খোঙ্‌বীনা লৈরাং থম্বাল থইতুনা।
পিথ্রাই সমুক দাওদা-থা মোপ্রাং য়াইদা চল্লমই।
'ভাংবা তেন্দ্র লৈকম তাও 'মুবা-চিংলাই শানা থেক,
'চৌবা তম্বা মাগ-কেকু তৌ যেতুম অপিখক—
য়েতুম মন অদুদা কত্র লংতা যান্সল্লে
লংখল এরেৎ ভরানা চৌ কলোক লোম্লমই।।
মমাই সেন্নু কেবিম্বা কাবং লংতা খাগ্রমই।
নূরা মপু মনাইদো অনম্বু তুং-ওপ্লোকই।
যুবরাজ মমাংতা খম্বা চাওথোক লেপ্লকই।
নিংথিবা পূম্ব-স যেংই স্নুম মং মথং।
মযাম অসনদা—"চাওথ্রবোইদা নিপা সে
মরন মকম্বু লৈথ্রদোই নূরা অনি অসিদি—!
মাযথোং তাদি উত্রকো তুয়ান তান-অসিদি—!
ফজথ্রেদা শম সিদে নিংথিরৈদা শাংথ্রেদা!
অম-সিনা থরদি—অনি অসি হেন্নরোই!"
নূরা অনি উবদা খল্লি নোংযাই য়েংলকই।
হিদাক মখু কামথোকপা মায়খোং থাংগৎলকপদা—
কৈলাসগী চিংয়াইদা শিব মানা লেপ্পগুম,

মোংয়াই মানা লেপ্লম্বা চিংখুবনা উরুরে।
থংপ্রেক থংই চিংখুব পুমংক গুকই—"করিনো
ফিজেৎ চাকচা অসিদে অঙাওবরা করিনো!
মিংতা নাতা সিনদি মাত মজ্জি, ওইরম্মোই!
লোইবী চিংদা তোংজবা হাওরু-কন্নাগুম্বরা!
হাওনি হায়সি কদায়নো নত্তে হায়সি মাসি-বু
মাওং নাত অসিগা চিংউ কনাগুম্বরা!
অচম্ববদি ওইররোই চানবিরগে লাকপরা—"
সুম্না তরা থোক্ল-হেক খল্লে খম্ব-উবদা।
ঙাহাক মিকুপ খল্লগা—"ইপা! নংবু কনানো?
করি লম-দৈ লাকপগে? করি দোবা লাকপগে।"
সুম্না রাহং সুপ্তক্ল হংবিরকই খম্বদা।
মোংয়াই মচা লমজামা—"ইনাক খুন্‌বা ইবুংঙো!
ঐহাক মোইরাং মচানি, শিল্লংজগে লাকপনি।"
হায়। খম্বৈপাওখুম'হুদা—যুবরাজ ঙকখরে।
পম্লো ইন্নাক খুনববু! ঙসি নুমিৎ অসিদা
সনবু শেল্লু শেঞ্জগে, লৈপাক তোক্ল তোজগে।
রাইবু তৈরু তৈজগে 'হুগী মমল থোকপ-দো,
পিনবিয়ু ঐহাকপু" লমজা' মুক্সু হায়রকই।
যুবরাজই সংগাইদি মরাক থোকী মরাক থোক,
মপানা হংবা হুদা থোইবী সেন্নু হুমা-লৈ।
ইহান হানবা খম্বগী খুমদোরকপা মবাহৈ
"পম্লো ইন্নাক খুনববু' হায়খিবহু তাবদা,
নোক্লিংবমা লোইখরে য়েংবিংঙকই শক অদো।
খোয়রুম মোমোন নোক্তুনা মুরা সজ্জি মিৎতাগী
মুংশিরবী মিৎনহা মপাদগী কোইরুরে

থিংখিবদা য়াদয়ে অহুম ফাওদোকখিহুনা
মিংমহাদি মরিদো খম্বে নাক্তা থুংখরে ॥
কোরৌ নোংদোন খেংনা অবাংবা পামেল মতোন্দা,
ইরোম লোম্বা উতোন্দা শাংচরবী লৈয়াংনা,
শিঙেন-মপুং ফারবা ফুগাইননা শাংলবা
মতম ভাঙ্গা ডুমক্তা খংহৌদনা তেকতুনা
তারকপগুম লৈরাংমা মালেম লৈকং থক-তুদা,
পম্বৌ মাংগোল-লাংতুদা থোইবী লৈরে তাখ্রে ॥
লং-দা চংবা লীহ্‌লাগুম মহি ময়াই চমখরে ॥
লৈথোকসিন্নু ঙমদরে লৈসিনবন্নু যাদরে।
উতিংবগুম তুমিন্না তিংদম খম্বা য়েংহুনা
লৈরে মজা ইবেম্মা হোয়নি মাইন্নি হায়খিদ্রে ॥
মনাই সেন্নু কোবীন্নু "হাইমা—কৈনো অসিদে !"
হায়রম্মগা য়েংহুমা তুমিন অহুম লৈথোক্লে ॥
লমজা খম্বা মহাকন্নু, মখোংদগী মকোক ফাও
মতু চুংই ; খল্লকই "ফজপ্রেদা নুরাসে !
নুংশিপ্রেদা করিনো।" ইঃ হায়রবা রাখল অহু
লোইনা ইমান মান্নরে। কবি 'মতা ভাংনদে ॥
নুম্ য়েংসিল-য়েংশিল্লগা অন্নুম মফজসিল্লক,
ফজবদা নংতবা নুংশিনফম ওইরবা,
খুমন কুচু-কুমেন্নে, শাবানহুনা ফজবা
মিংত য়েংই মিং-তদা পিগুম য়েংই হু-মঙাই।
চিন্নান য়াতা ঙকশম কোক য়েংউ য়েংউ মক্ষমদা
ইহোং হোংবা য়াদবা মোংশা চরামনবগুম,
থাংজিং চিংশা মপান্-বু কেগে লোক্তাক ইয়াইদা

"খেন্দে চাইরেন-মত্রগা খুরাই লাইরেন লোমদগী,
লাইবু থোইবা অকনবা কনাগুম্বা গুল-লৈবা
অম'ম-চুম্ ওইরব্রা! কেগে মোইরাং লৈবাকপু
মরম লোইচন-থাগেদি লাল্লবরা কম্বিনো!
ওইকম্ থোক্তে লাই-মক্তি মুংথিল সিদা লাকপদি!
মোইরাং মচা ওইর'দি করম খঙেঙাই ঐবুদে।"
অসি খল্লে চিংথুবা সনা পুক্লিং চিংনবে॥
খুমন মাবু য়েংলগা 'কম্বা ইপা ধহাকপো?
মোইরাং লমদম কদায়দা লৈবগেনে হায়ুবা?"
হংই। খম্বা মাহুদা—'ইপা মানবা ইবুংঙো!
মৈরম-পাংলপ উম্বিবা তুরেন-'মিগী মরক-সি,
লমদম সিদা লৈবনি।" খুমজরকই খম্বনা। —
"চুদি কৈনো নক্সে– অঙাংমক্সু মত্তরে;
ঐবু নঙনা করম্বা খঙদে অস্তুপ কুইবদে?—"
"ইপা ইনাকথুনবাও! চুমই তাকপিরিবদো
ননাই ঐদি লমজানি! ইপা ইমা খংহৌত্রে?
ইমা মশক খংহৌত্রে লৈকাই মীন যোকপনি।
মোইরাং খুন্দোন অমদা ননাই ঐদি লৈরুবে।
অচুদগী অমুক্কা ইমুংচুগী মচাগা
নিংভাই শংদানবদৈ ননাই লমজা থোরকই।
চংকম লৈজত্রচুদা লোক্তাক লোমদা কুমথজৈ!
হৈকক-থরো চমুনা তরা নোংখন্ মরকই।
লোক্তাক হৈকক এল্লীনা সেল্লৌ মথেল-লাংচকই।
কুমজা কয়া লোল্লুবে। ঙরাং মুমদাং মইখম্বা
মোইরাং খুল্লক য়োরকই। সিনা খংজদবনি।"
খুমই লমজা খম্বনা। রাহে অসি তাবদা—
মুংশিথবে চিংখুবা চাননা থবাই শোল্লে!

"লৈপাক সিগী সিগুম্বা সিবু য়োকে খিদবা
তোল্লি তোল্লি চিংখুবা।" মুম্বা মদোম খল্লক্নে।।
'লাইরবনি য়োল্লগে' খল্লে সনা পুক্লিংদা।
মথা তাবা হংলকই—"নংদি কয়ুম মচানো?
পলেম পম্মৌ কোলোইদি করি কৌই খংবরা?
পাথং নংগী মমিংনা করি কৌই ইবুংঙো?
নচিন মনাও কয়া মুই হায়য়ু হায়য়ু মতাসি?"—
"পম্মৌ মনবা ইবুংঙো! পলেম পম্মৌ কোলোইদি
খংঙদরে ননাই ঐ, ইচিন ইনাও লৈজদে!
ননাই ইদোম পোকপানি ননাই ঐদি খুমল্লি।
ইমিংদি খম্বা কৌজে।" হায়না খম্বা হায়রকে।
"ঐনা চিংনকুবগি চুমদেনা" খল্লগা
নুরা মজা ইবেম্মা থোইবী সেন্নু অনিবু
চিংখুবা য়েংলকই—হায়, "বরিমো মহোয় 'নিবো!
য়ুমদা লাক্ল-কোবদি, অদু অদা থিবরা!
ফিদা থাবা হোনৈনা খংদেদকো ইচাপা!
মোইরাং মচা অসিনা কয়া কুইরে লেপইবা।"
পম্মৌ য়াথং তাবদা জ্ঞান-হাইফেৎ তাজরক্নে।
মমাই সেন্নু য়েংদুনা—"নুরা খোয়রোয় ইতারোই।
তয়ুম সেন্নু হোৎগংলু; ইতা যিদা লৌথোকউ।
কোকসি ভাওবনা ঐদি হৌগৎপা ঙমদরেদো।"
সেন্নু তন্না চৎদুনা ফীদা অমা লৌথোক-উই।
নুরা অসি' নাক-ওইনা ফীদা অদু থারে।
মাংসোক খংবা অদোমদা। "ফম্মু ফম্মু ইবুংঙো!"
হায়বিরকই চিংখুবা। চংসিল্লকই খম্বদো
মকোক কৎলি ফীদাদু চিংথোকই খঙ্জিকতংদং
চংসিন্দুনা ফীদাদা মপুংদা হেক কমজদে।

মচি খর ওইরম্লা খম্বা ইরেন কম্মুরে ॥
কীদা লাইবক কংপসি চারি মফম সিদদি
যুবরাজে সংগাইনি। অত্তৈ'মদা ওইরদি
কনাগুম্বা অমনা মতম খোংথাং ইন্দুনা
তৌদবস্নু মচৎনৈ। নুংশিথরে নুমিৎতো
খোয়ুম মানা সিনবনা তৌরি মথৈ চারুরে।
খুমন মতৌ উবদা চিংখুবনা খল্লকই, —
"হাই-হাই লমজা অসিদে! করি মনিংথিজনো!
মাগী থৌগল লোম্সিদি ঐখোইমক্না খঙঙমদে!
পম্নৌ পা-না লাংগোন্দে পলেম মা-না নাওযোক্কে!
খঙেঙাইদরা খমবদি কনা তম্বিরিবনো!
ঙককই খম্বা উবদা। খুমম মানা যম্বসি
নুরা মজা ইবেম্মা থোইবী যেংবা ঙমদরে।
মোংয়াই মতৌ উবদা 'মুনবা মরোং কেন-গুম্মে।
পম্নৌ মাংগোন খেঙ্জংলাং উখোক-তেন্দা ঙাত্নুনা
চেদা যেকপা মূর্ত্তিগুম লৈরাং তুমিল লৈরকই॥
খম্নোই লৈকোন নুংদগী লৈরাং তন্না হেক্লকলে।
লৈরাং পরেং লেংখরে। নুরা সনা থুৎতুদা
পরেং লৈরাং পায়রকলে লমজাই মঙক অদুদা
লৈরাং অদু হুকউরে। নুরা রাখল চাওবীনি
রাখল মচেৎ অমতা তৌজহৌবা মংহৌদে।
রাখল পুম্বা মাংখরে থৌইবী মদোম ঙাইহৌরে।
রাখল চাওই হায়বীদো য়াই চারবা ঙা-গুম্না,
পম্নৌ মাংগোন ইপাক্তা নুরা মাদি তারকই।
নুরা পোকপা মপামা—"ইবুংঙো! ভারিবরা?
মোইরাং লমজা মহাকপু, কেগে চাওবা লৈপাক্তা
চিংখুবা হায়বা অদো মোইরাং নিংথৌ মনাওনি।

নৈপাক সিংগী মপুনি যুবরাজনি মাদো।
মাগী মমিং তাবরা ? - হোয়, ননাই ঐহাক তাজে।
গুণ-লৈ হায় ইবুংঙো, ইপা মানবা ইবুংঙো।—
হৃগা 'মগা তাবরা ? মাগী মচা নুপীনে
থোইবী হায়বী অবগা মশক য়াম্না খিপ্রবী
লৈ হায়বদায় অমসো, মাহূ মসু তারিনি ?—
ননাই ঐহাক তাজে'হূবূ মাসিদা খিৎ থেনৈ।
মজাইবেন্মা থোইবীদি ননাই ঐনা তাবদি
মোইরাং নৈবাক অসিদা য়াম্না ফজে সুম তাই।'
খম্ব মাসি হায়রগা হম্না য়েংই থোইবীবু।
"মহোয় সিবু ওইরব্রা।" হায়না খুললে খম্বদো।
লাংগোই লাবা মিৎতানা য়েংথোকটবা অহূমা
শাদানবগী তেন্দোংগী মচিন পাবা তেন্দি ওই,
কোরৌ থক্তা পাইজবা চেকলা ওইরে থোইবীদো।
তেম অহূমা পান্দুনা চেক্লা লায়ুম কায়রক্লে।
হকচাং তনিক তনিকই নৈবা ঙমদে থাদোইদো।
খম্ব মরু লুকখি থুদক অহূ মক্তদা
যুব্রাজনা খম্বদা—"লমজা য়েংউ তাবুরা ?
ঐনিন হাই ইবুংঙো! ননাকতগী নুপীদো,
শকখিবীদি হায়রিবী থোইবী হায়বীদো 'তু'মি।"
হায়রে। মাসি তাবদা লমজা খম্বা কোবদো,
মাগী মিৎলু অনিদা পিনা পুম-থুমখরে।
তাংজ-নৈদা লুকখরে খম্বা মশা নিকখরে।—
"হাই হাই লমজা মাঙেংদো! ইমা শকপী ইচেগী
লমজা সেবা ঙম্বরা য়েংজগেদি লাকপনি!
লমজা ইচিন ইপুরা কায়নরোদি তমপ্রবোই!
ঐবু অসাই মথৈদি দোষ মপুং ফাহনগে,

মপু মানা তাক্কবা মতিক চাবে হায়দুনা,
তাকথোকপিরে হৌজিক্তি লমজা খম্ব মাংঙেদো।"
হায়না খংপ্রে খম্বদো॥ মনংগন্দা ইল্লম্ব
চৈরে ভবোং শেগাইবা খম্বা ভক্তা য়েংলক্লে।
নোংপোক কোংয়াং রাচৈশু, মিরেন হুক্কবা চৈশু,
মালেম থক্তা তাবগুম চৈশু লৈদা ফেহুনা
লমজা খুংজদবদো মপু সনা চোমোন্দা
তুরে হিক্লা-কপ্পুনা—"ঙাকপয়কো লমজাবু!
ননাই খুংউদবনা য়োনখরেকো।" হায়দুনা!
খম্বে মতৌ উবদা রারে চিংখু নহাদো।
"কিপ্রবোংনা মহাক্তে" খংদিরক্লে মপুনা॥
"করিগীনো লমজা-ও কৈদৌনা বপ্লুরি'
খংদববু করিগী! করি দোষ লৈদনা!"
হায়না সনা খুৎমক্লা চিংখৎপিরে খম্ববু।
ফম্মু করি দৌবগে হায়না খম্ব কম্‌হল্লে।
চিংখুবনা মচাদা "মুরা নখোয় অনিবু!
ইপাই' ইবেম্মা তাবরা চৈরে ফৈজোম অমমে.
ইমবা চৈরেনে কোয়েৎ মিংথিব 'মনে
লৌথোকউরো ইপাদা! কৎসি লমজা অসিদা।"
তাকপিরে চিংখুবা॥ মুন্দা তাওবা কংতুনা
হুপ্পৌ মতোল অমদা কঙগী কায়দোঙ্ ওইবগুম্
মপাই রাহু তাবদা থোইবী পুক্লিং মুংঙাইরে॥
"ইপাইবুংঙো! লমজাদা কংকদবা চৈরেসি
ঐগী লম্নাই চৈরেনা তৌজরগে পম্মৌবু?"
হংগৎলক্লে মপাদা। কংলু হায়মনা য়াবিরে।
থাদোই লেংশিনখতুনা চৈরে অমা পুরক্লে।
চংবী হাওগ্রা তাংদনবী 'লাতোন অমা থংলুরে।

তাংগ চাওনা য়াৎতুনা চরৈ অহু হাপচরে।
নুরা মবুক নিংতুনা "পাখং নংগী কাহ্নদা
নুরা ওইবী থুংজগে।" হায়না নিরে খম্বদা।
লাংবন থাগী পুখিথক নাপুং কাবা ঋতুদা
মুশুক মুবা মোংহুনা লৈপাক শোক্লা চাইবগুম
মুনা চুম্বী শন্নাংগা ঙকশম তোংদম চেপ্পনা
খম্বা মাবু খুরম্মে থাদোই মানা নুমিৎতো।
চরৈ অহু কৎচরে খুমন মানা চোংথরে,
ফীদাদগী লৈপাক্তা-থাদোই মাবু ওবচরে।
"থৌজালবীযু লমজাবু অযোন-অরান খিবিক্তি
কোকপিয়ুনে! হায়দুনা চরৈ অহু লৌদুনা
যুবরাজে চোরোন্দা খম্বা অমুক বৎলুরে॥

চিংখুন "করিনো! ইচা পিবা চরৈসি
লমজা নমিং থুংদরা? কৈদৌদুনা হন গে?"
হংবিরকই খম্বদা।—'মপুই কিমন ওইনদি
যংজনিংউবদগী কৎচবনি চোরোন্দা"
থুনা। মাহু তাবদা অমুক হেন্না নুংশিখ্রে।
"লৌজরে বো" হায়দুনা শোকপি সন খুৎতুনা
চরৈ অহু লৌশিল্লে। হংগৎকে খম্বনা -
"নবাই ঐবু চোরোন্না গেদা 'মতং পিবিয়ু।
শিল্লংভগে নিংঙকপা লমডাইবুক অসিবু
থুংহনবিয়ু মপুনা সনা চোরোন ঙাকপিয়ু। -
লমজা করি রানোদা! ইংনা করি চানিংবা
মাহু হায় ঐভোন্দা করি শিল্লংগদগে!
চৎপ্রগনু নংনেকো ঐগী সিদা লৈরসি!
ঐগী পুক্কে লংগৈসে নংনা লোইনা পান্নরো।
চুমম্ব শোম্ব পায়গনি করি শিল্লংগদগে!

চৎপ্রগন্নু লমজাকো? লৈয়ো ঐগী অসিদা!”
তাকপিরকলে মপুনা। য়াসি হেক তারকপদা
মজাইমেম্মা থোইবীনা ‘মুংঙাইখরগনিদা
ঐখোই সিদা লৈয়দি মোইরাং লমজা অসিনা
য়ারকউমা খোয়ুম ও“ থোইবী লাইবু খুরুম্মে।
খম্বনা—‘সনা চোয়োন থৌগন ননাই লমজানা
তৌজগনি মপু ও! পলেম পম্বো লৈরম্বা
লাইর-খাংপোক সংহবু থাদোকপদি কুইজরে।
য়াবা শেমজিনজরুগে ’মুক্তা য়েংজরুখিগে!
তন্না হপ্পরক্তনা তৌজরগে থৌগনসি,
পিনবিয়ু ঙসিগী ননাই ঐগী সিন্থা ’মা।
হৃগী খরা পিনবা মাতুতনা ননাইদি
লমজা ইপুক পেনজগে” হায়জরকলে খম্বনা॥
মপু সনা পুক্লিংদা—“চুমই ময়ুম কৌবনি
চৎলুসনু ঙসিদি লমজ কোন্না য়োকলগে।”
খল্লহনা মপুনা—“ফরে হৃদি ইরুয়ো!
চয়ৈ অদু হোংদোকও করিগুম্বা খরদং
চারগা মং ঙসি সিন্থা লৌকো মহাক্না।
নখুৎ মক্লা থোংগেরা তরা খুরা চারগা—
কোয়ৌ মতম থেংলকলে”; তাকপিরকই চিংখুবা।
মজাইবেম্মা থোইবীনা “ঙসি মুমিৎ অসিদা
য়াবিহনা মহাক্না থোইবী ইখুৎ অসিনা
তরা থোংজরহনা কৎলবদি ঐ ফসে
পেনপ্রগনি, করম্মো য়ারকউকো থাংজিংও।”
মুম্না অমুক খল্লকই। খুমন মানা—ননাই ঐ
চাবা থকপা কোপ্পগে সিন্থা হান্না লৌজগে।”

হায়বিরক্লে চিংখুবা–কাওরেন শেল্লু তাকপিরে।
মোংয়াই মাগা চাৱবা শিম্বা অসি থোকখরে।
শন-সং লোমদা চংলক্লে থাদোরক্লে শন য়ামসে।
শন-য়াম চৎখিবদুদা পুকম শন সি ভাওরক্লে।
চোংবা খেকপা কাম্বনে শন্দো খুমাং হোৎলক্লে।
শন মতৌ উবদা খম্বনা যাম্না নুংশিরে।
চৎনিংবদু উবদা থাদোকপিগে নিংঙক্লে।
য়োংকী কোইক্ষে শংতোক্লে! খম্বা চংশিনখিবদা,
চোংশিল্লক্লে কাও-অদো। মানবী চিরেল অদুনা,
খম্বা হাইগে থৌরাংলে। খম্বা শাওখরদুনা
পায়রে মচি অনিদো; কোইক্ষে দুগা পাম্লনা,
মমসিন্দুনা খম্বনা ময়াং-লেন্দা খুনিংনা
থিল্লে শংগোম মন্নুংদা কাও-দো সোর থিংখরে।
শন-দু লেংবা য়াদবে, থাদোকপিবে খম্বনা।
কাওরেল্ ইতে তেখরে খুমন চথা কংবদা।
তাম্থোরক্লে শল-অদো চেম্থোরক্লে লমজাওদা!
পুরুম শনগা খম্বগা অনি মতৌ উবদা,
থবাক লোইনা যৈনরে ওম্পাক য়ুমগী মীয়ামদো।
কম্লে কম্লো হাযদুনা ইংক ওক্ল লৈহৌরে।
কেগে মোইরাং লৈপাকী মী অপুম্বা থক্কংলে।
কাওরেল লাকলে হাযদুনা ওম্না চেক্তিল্লখরে।
কোম্থোং হোজং লোম্লরে, মোইরাং য়ুমথাং লাওনরে।
মী অমতা চৎতরে লৈরক খুল্লক লমজাওদা।
কাওবা কোয়না চেল্লকলে। চুম্না মীদা মৎতনা
কাওরেন মমামবা ফাও পুরুম শনবু উবদা
কায়-কায়দুনা চেম্লরে। মোইরাং শঞ্জেন-বুংদুবু
কাওরেন ভয়া চেল্লকলে। কেগে সম্লুপ চাইথাইযে।
কাওগী মতৌ য়েংবদা খম্বা মাদি নুংঙাইরি।

রাইয়ু হাইয়ু থৌজিলি খম্বা কৈস্থ মিংঙাইদে ॥
"ঙাওখরেদা শল-অসে, মুংশিরেদা" হায়দুনা—
শঞ্জেন-মাওরোই-মরম্-দম্, সঞ্জেন্-থোংথক অদুদা,
মখোং য়াম্থরদুনা ফম্মি য়েঙিঙ খম্বদি ।
কাওরেন মাবু কিবনা পাংতা চৎপা মী মথৈ
লুথুম লাংথাক অপুম্বা পাংতা অদুম লৈমরে ॥
খুল্লক লমজাও পুম্বস্থ চৎনদ্রে মী অমতা ।
মোইরাং লৈপাক শাংথরে লোইনা পূমতা তানরে ।
তম্পাক যুমদি বানরে সনা কোন্নুং তারবলে ।
লোইনা মিপাইনখরে মচেম খমনু তাখরে —
"ইদু নিংথৌ অদুবু শিল্লংনি চৎখিকো ।
মাদুন ওইরমগদরা কনা থাদোকইবনো !"
খল্লদুনা খমনুদে নুরা মদোম থোরকলে ।
লাইরবীনা যেংবদা মোইরাং সঞ্জেন থোং-থক্তা
উরে মতম অদুদা নিপা অমা ফম্বদো ।
'মীওই মুত্তি হায়রবদি ইদু নিংথৌ মাঙ্লিদা
মফী সিগী তায়রগা মান্দে, নিপা অসিদি
মোইরাং সঞ্জেন নহাদি ওইবা তারে ।" খল্লকই ।
নুরা অম্থুম যেংবদা খম্বা মানি হায়বসি
খংডে লেপ্লে, তুমকপু শোইগবরা হায়দুনা ;
অরাপ্পদৈ খম্ববু নুরা মচেন' কৌরকই -
"মোইরাং সঞ্জেন থোংথকতা ফম্লিবদি নহাকপু
তারিবরা ইবুঙো ! কাওরেন শিংবু সেনবরা ?
কনানোনে নহাকপো" হায়বা মচেম-খোম তারে ।
"ঐহাক্লনে ইচেম-হন" হায়মা খুম্মে খম্বনা ॥
খমনু চংশিল্লক্লুনা "ইদু নিংথৌ করিনো ।
নংনা থাদোকউবরা যুবরাজে কাও অসে ?—

মানি মানি ইচেম হন ! ঐনা সেল্লিবনিমে
কৈস্থু তৌরোই কিবিনু চুম্না লাওহনবদনি
ঐনা হাথবা ইনথরে বেরা লৌদৌ লৈরগা
ফাজিনগনি ঐহাক্না নুংশিথরে শন অসে
চংলো চংলো ইচেম-হন !—কাব রানো ইবুংঙো।”
লৈপাক রাথোক ওইবনি ! হোৎনবগনো ইবুংঙো।”
হায়রম্মগা খম্‌নুদো হনজিল্লকই খল্লক্তা।
মোইরাং থুমথাং কাওনা লেংঙম্মদি কাংবুগা।
“মোইরাং নুপী নহাকপা শিন চোবগনি।
চেন্সিল্লুমে কোন্থোংদা” হায়না লাওগ খম্‌নুবু।
নোংথাই চনু চংসিল্লে চম [illegible] কুশ্না [illegible]
মোইরাং কোন্থোং অমদ [illegible]।
নিংথৌ সনা যাথংস্থু ‘কান্দা ফা [illegible] হাথবা
চিংখুবদা যৌথরে খুনেং লংগোনি তেংগা।
চিংখুবদো থোরবদা “নক্কেন্দ কাংদাংগে,
খুমন মচা তাবরা লাওবে। করো ফাহল্লো
নিংথৌ সথং লংকালদো ঙম্নবা [illegible] নহাকনে !”
হায়না চিংখু লাওবকই। “[illegible]
সনা পুক্রিং লাংদিনু কা[illegible]
ওহাক চাজখিদনু [illegible]।
ফাজিনবিরো ইবুংঙো” হায়না [illegible] পিরম্লে।
খম্বা অমুক থিন্দরে। শনচু ফগে চংলম্লে।
“চিংখুবগী মনাইনা পুকম শমবু [illegible]”
হায়না লৈপাক নিল্লকলে লৈপাক [illegible] ফোরম্লে।
কুম্মে অমা ওইরকে। লৈনংথৌ লেংপলে।
পাক হেক ফাবা সদো. খম্ব মাংগা শম-তুবু
কোক হেক ফাবা লৌদরে। কুম্মে ওইনা তোরবলে।

মমৈ ফীরান শাহুনা কাও অহুনা চেল্লকপা
নোংয়াই মানা তান্নবা—অনি অহু য়েংবদা
কেগে মোইরাং লৈপাক্কী অতাংবা কুমৈ ওইবে॥
মানবী চিরেন পাইহুনা থোরী কোংগোই হুকখরে।
তম্পাক য়ুমদা পুসিনখি।—"চিংখুবগী মনাইনি
কনখবেদা" হায়বনা মোইরাং অদো নীনখরে॥

## "খম্বা অমুক লোৎখিবা"

চিংখুননা ময়ূনদা খঙ্গা মাবু হায়খিবে
"ভরা চবো ইবুংঙো! চুসি অহিং পোৎথারো!
হয়েং মন পি গে" মুংশহুনা খাংকই।
কম সেননা শগুম্না—"চুসি কোবা সিদদি
লইবশদা যেংগে" হংংলকলে খম্বনা॥
মুংশিননা অহুদা হযবি নখৈ য়াবিবে।
চিংখুননা নিংবনা—"চুসি অস থংগে.
মবুক থম্না 'খজগে যারবদি যোবলগে।'
নোংযাই যাখিদবনা "পুংজা নতম শোইরগা
চেম্না মুংশা থিনি" সিদা য়াখিদবনি॥
কে রৌ য়াংনা শাংল্লবী থাদোই লেবাং ওইবীদি
শংগোনবনা হুম্বদা কোইতাও অস্থুম ভাওখরে।
সেন্নু-থোইবী চিংখুবা মমৈমহুদা তানরে—
লমজাই করি পিখিনি" হায়রহুনা অহুমদো॥
রাক নিপান তাইরবা পুকম পোন্দেন অচোবা
শংথোরক্রে চিংখুবা সংগাই স্নুমাং অহুদা।
চন্দন চেংহু হৈরক্রে থংকোক তৌনা পৈরে।
হৱাই অহাও অহাওবা ভানা থুম্না কয়া মা,
নন্দন মথেন নাইনদি কযা অমা যোম্বিরে।

য়ুম্বী মতুপ অমনা চেংপোং নমথোং শাবিরে !
ফীজোন অমা অনিগা খম্বা মাগী পিনরে।
খুমন থৌরাং লোইবদা অসাই মানা থনম্বা,
অমোৎপদি ফীশিংদো খম্বা লৌগে থিকরে ॥
লৈরমদরে ফীশিংদো থিবা অদুম খংদরে ॥
ফোংনা থিসি ইকাইবোই মাংজ্রুসম্বু খনখরে।
নোংযাই থিদ শাদুনা পাখং মদোম চংলক্লে ॥
মপু চোবোন খুরম্মে, অদুক চাওবা চেংপোং-তো.
তেরাগুম্না হাইগৎখ্রে। লাবা খোংকাপ ব্রায়খরে ॥
খম্ব-মাগী অমনবা লাইর-চ'র অদুদি
লোংসিন্দুনা থমক্তৈরে থদোই সনা খুংভুনা ॥
খম্বা মানা লাকপদা মেইরাং সঞ্জেললোই মযাম.
নোংবান্না চিংলদুনা লম্বী দুদ ওক্লবে।
"মোইবাং মচা অসিনি অসাই সনসেল্লম্ব দো।
ঙাইখো হাইয়ু খাম্মুখো।" লায় বদুনা নোংবান্না,
সঞ্জেল্লোইশিং থাবক্লে। খম্বা নাবু খাম্মুরে ॥
নোংয়াই-খংগোপ-লেপ্তুনা "বেনো ঐবু খাম্ববো ?
মোইরাং নংবু কনানো করি লৈকাই লৈবগে ?
হংবিকনে নোংবান্না। "কৈদোগগে খুম্বকনি
নংনা ঐবু হংবদে ?" খুমদোক্লে খম্বনা ॥
খম্বই পাওখুম তাবদা নোংবান খুকথা থারম্বা,
হবাওজনে মনুক্তা খুম্বক সঞ্জেল্লোইশিংদো।
"করি পাওখুম লাকখুননো য়ান্না লম্বু হেল্লদা"
হায়কনসাই নোংবান্না। "করি হায়না হেল্লুনি।
নংগী বাঙাংদুনন।" হায়নরক্লে খম্বনা।
"য়াম্না ফবে অদুদি ঙাইখো মুক্না তৌখিনি।"
হায়জল্লুরে খম্বদা। "য়াম্না ফরে অদুমক"

হায়রদুনা খম্বদো চৈবৈ তম্না শেনখরে ॥
নোংয়াই মতৌ উবদা খুম্বক মচা হৌবক্লে।
"কৌরো ঐখোই খাইস্তু লৈ! কিবিগনু।" হায়খরে।
খুম্বক তোপ্পা তারক্লে। খম্বা মাগী লেপ্লক্লে।
"চহি তরেৎ নোংবাম্না কেগে পানা পুম্ববু
লাকচদুনা লাকপবু মপা লৈবে" হায়দুনা
তাঙ্ডুম্ চেখাও ফংনগুম হৌরাওনরে খুম্বক-তো। —
অঙাংসিগা নোংবানগা নখোই ঐখোই মান্নবে।
ইপী লৈবে ঐখোয়স্তু" হায়বদুনা খুম্বক্না
খুংখা উৎশিৎলক্লবে পাম্বোম লোইনা তিংখবে ॥
নোংয়াই নোংবান অংদো পানোৎ শনগী মওংনি।
ইংখোং লীগুম শোইফদা, হংগেল লীগুম সেম্ফদা
তান্না হিগী মওংনি শান্নক্লে মুরুদো ॥
খুমন মচা খম্বনা নান্দা উপাক খায়বগুম
মনেম নৈকং থকতুদা থাদখবে নোংবানবু ॥
খুম্বক মচা মখৈনা মানা মানা ইল্লাপা
চর মখৈ থাখবে ফঁবাং চোবোং চিং গুম্মে ॥
খুম্বক মচা নখৈনা খুমন মানু নাদুনা,
খুম্বক লোনগী সঞ্জেন্নোই হঞ্জনবু হাপখরে ॥
চৈর ময়াম অনস্তু অমুক ফংখ্রে খম্বদো।
ফীয়াম হুগা পদুনা লাইন-সংলোম পাংখরে ॥
খম্বা মযুম য়োৎদা ৱারম পুম্বা তনখরে ॥
খনন্থু থনাক হৈরকই নোংয়াই মপাও তাবদা।
ইনুং অদু ডানবদা খুম্বক সঞ্জেন্নোই মখৈ
লাক্লে খম্বা মাগীদা খুমন মাবু কৌররে ॥
খনন্থু কৌবী মচেয়া—'নোইরাং ইবুং ইপুংশা!
হায়বিগনু ননাই-সে নোংবান খুক্তা চেনবনি।
'খোইদি লনজা মচানি মাগী লাম্বা ওইনদি,

থোকপগুম্না তাবিবা থোকহনবিন্দ্র খ্বাই সিনা
লোইশং মকোক ওইবসু মতিক চাদে কপ্বাগী।"
হায়জবকলে খমন্নুনা, নোংযাই থম্বিবম্মুদি॥—
'ঝাবিকন্নু ইবেম্মা! ঐখোঙ খ্বাইদি নৌবিনা
অঙাং মাগী দমক্তা চামা থাযবে খাযগনি
ঝাংলি মখৈ পিগনি খুম্বক মচা ঐখোইগী
ওইনি পানা মাযবোংদি" হাযবে নযাম অহুনা।—
'কৈদৌবগে ইচেম হন! অম্বুক যাম্বা অসিনা
কযা নুংশিবিবিবা! চৎংগেবা ঐহাকনো!"
হাযবে। খম্বই ঝাসিনা খমন্নু খাম্বা উনদবে।
মযাম হুনা পুহুনা নোংযাহ গাবু চৎখবে॥
লোইরাং অহুক চাওবদো কনা 'মতা তাইহন্দে
"নোংবান মুক্তা তুখবে" হাযনাববা ঝাকমসি॥
খুম্বক মাথ খম্বনা খুংখা নোংবান মহান্না
থম্মি পুমথিং-থিংহুনা হাযদোকহন্দে কনাম্বু॥
মুমিৎ নিনি হুন্নিবোম সঞ্জেল লোইশং চৎলমই।
মতুংহুদা—"ইবুংঙো! চৎলগন্নু ভোক খকো!
মাবে হাযবো নযামদা" হাযবে খমন্নুনা থিংবে॥
মচেম যাথং ইন্দুনা নাবে হাযনা পাওচোল্ল।
সঞ্জেল লোইশং কাদবে—খম্বা স্নুম্মা লৈখবে॥
লাইববদি খম্বদো কেগে লোক্তাক লোম্না কুম,
স্নুমনি মবক নিনি লেপ্ নোম্নে নাবু থিজকই।
নুবা মচেম লমজানা কেগে মাগী খুল্লক্তা,
কোযনা মবন-খল্লগা স্নুম্না মতম লোল্লবই॥
নোংযাই মীদি উইহন্দে 'চিংদা বানা শিভংল্লুই,
পাংগন চাওবা মহান্না নোংমা পুন্নকপদনা
নুবা মচেম অহুনা যোল্লি মোইরাং নৈপেন্দা

নোংমৈ চরা তমত্নুনা মুত্তি মুমিং খুদিংগী।
মুম্বা তৌনা খম্ববু-তাবু লুপাক মুংহুদা
থম্মে মচেম খমনুনা চরৈ থুপচানবগুম।
মোইবাং কনাগুম্বনা উখিদরে খম্ববু
মুবা মৌপা লোংপদা খোঙযুম থৌরৈ তেংবাংঙ্গে॥
কেগে মোইবাং লৈপাক্তা শিঙেল তাংনা শাংপিদ্রি।
লবাই হুইদ্রু তোমশাংপী লাংবন কৌথা তোন্-নানবী।
সতী ওইবী নিংথিবী মতাইবেম্মা থোইবীনা,
চিংন্নং চাদি নোংগোবী ইড়াক থকপা চেক্পু-ওই
খুমন মাগী দমক্তা লাইড-ইখৌ লাংববু,
কোবে মশিং যাম্লক্লে লোইদাম কুমজা ওল্লক্লে!!
ভুসি উদ্রা নউদা হবেং উনি মউদে,
মুব তম্পাক যুংহুদা খোযবু লিনবু হোংখবে॥
মনাই মশান থাহুনা থিহনবদা খংদবে।
চউ মবু যাওনদি মথংলেনবু লোংখবে॥
থোইবী, ফীনন কোন্দনা কোবৌ কয়া কপ্খরে।
কোবৌ মচান ফববু মপুং ফাবা থাজবু
খুমন শক্ক চাংদয়, মতম কথা লেল্লকই।—
লমান কাইগী-খোবেইদি লোথম্ব ও-ইবুংঙো!
পাম্মু মীচা পোক্তিনে মুংশিব ও-নহাকপু।
নহন কেবৌ অমাদ লাইবা খাংপোক-সংহুদা
ইমান মাগী খুবমদা নোংনতদি যৌরুগে।
তম্না লাক্কে হাযদুনা চংখিবনি নহাক্তি।
কাওবেন সেনবা মুমিংতা নংনা হায়বিরম্বদি
মীনম্মবোই নহাক্কে। পাখং কৈদৌরবগে-?
পাখং পুক্লিং অহুদা বাবৌ বাবু লৈবরা?
বেগে মোইবাং মচানা লাকচগনি খন্দুনা,

লোক্তাক লমজাও লমদমদা কুমপ্রবরা অমুক্না।
চিংউ কনাগুম্বরা—থোইবী ঐবু রাহনগে
নিংহুনবু লাকপরা। উত্ত্রবোইদো নহাক্তে!
মাপ্প কৈদৌরবগে –"হাযনা থোইবী কপল্লুই॥
মনাই সেনু য়েংহুনা—"মুরা সেনু ইতা-রোই!
নহান হায়খিবদিনে, মুমিং নিনি হুমনিদং
ময়ুম শেমজরুরগা অমুক তম্না লাকনি,
অসি নত্রা অচাম্বী?—মানি মজা ইবেম্মা।—'
করিননো অহুদি-মতম অসি হেনথরে,
মতম কয়া কুইরবা লাকখিদবে ইতাবোঁই।
লাক্লরোইদ মাল্লনে—কমদৌগনি ঐহাক্তে।
ইপম্মা নিংথৌ ওইবি ইপা যুবরাজনি
রাংলোইদবোই নিংবনি থোইবী কোবী ঐ অসে–।
কনাই কাদা চংসিগে, কদায়দনো মগাকপো
কমদৌসিগে ইতারোই উগ্ররোইদ্রা কনদৌনি।
পোকপদগী রাংলক্তে মাবু উরুবদগী
থুংবিরেদো ঐঙোন্দা অরাংপগী শরুক-তো।
কমদৌসিগে হায়য়ুবা নংনা কবি তৌবিনি!
হায়রহুনা থাদোইনা মিংলু অনি পিন-থন্
তোল্ল-তার-জীবগুম হায়জরকই সেমুদা
সেমু মানা "ইবেম্মা। করি রাংচরুদগে
সংসারগী মবেম্মা সীতা কোবি মাদমু
থোংনা বোন্দা কোযখি হায হিংচাবনা হুরুইদো।।
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা লৈত্রবদি-লৈভরে,
ঐ থিজগে নিপাদো-চিংউ থাংজিং লৈরিদো
মাগী কুপা লাকনি রাবিখিমু।" থেমজিল্লৈ।
থাদোই মানা "ইভারোই। ঐগী ইনা অসিদা

পনবিরম্নু তানিংদবে—নিপা হায়বা ৱাহৈদো।"
হায়দোরক্লে। থোইবীগী ৱাশক অমা ওইরকই।
ৱাশক অসি চিংখুবা, মমা, মম্মান, মপন-ম্নু
প্রজা লোইমা তারক্লে। নোইমাং লমদম শাংখরে॥
লাইজ ৱাংপা লমদগী থম্বান কোবী লৈরাংগুম
কোবৌ মৈশা লাংলক্লে থাদোই লৈরাং ওইবীদো।
কম্বী থক্কী লৈম্নৈগুম ওম-থোইম্না খাংলক্লে।
থোইগী মপোক ওইত্তুনা লৈবাং শাংপা লমদমদা
শাগন তুক্কাং থপ্পুনা কোননা পাইসি পাই-ঙমদা
পাংথোকচবা ঙনমক্তে অনা শরুক ওইবকই॥
যেংহৈদবে থোইবীদো নংগল ওইনা পোকনিংদ্রে॥
মেংয়াংই মশক উথিদ্রে থোংগুন ঙাওবা ঙংখিদবে।
খম্বই চৈরা অমনবা অহুদবু কোম্নুনা
অহিং নুংথিল নাইদনা মুবা কুমজ কয়াদি
লেপ্লম স্নুম্না কপ্পুনা খম্বই মপাও তাখিদ্রে।



অনিশুবা পন্দুপ

## কাং শান্নবা

খম্নু কৌবী মচেম্না চহি মরি চুপ্পদি
খম্বা মাবু থমখরে মোইবাং কনা শংদনা ।।
থরাই য়াওদা ককচাং গুম থোইবী লবে রাখরে।
চহি মরি সুরবা ঙসি কৌবা নুমিৎ
নুমদাং রাইনি' মতমদো মোইবাং অউন কৈথেন্দা।
লেংথোবকই থোইবীনা চিংউ মনা পুন্থনা।
পুক্নিং চাবী মতাংবোই সেন্নু মংগা লেংইনবগে।
কৈথেল মচি অমদা নুবা ওইবী অমন
লৈরাং মতিক চাদনা শিংজা খোংবা থবে
ইচিক হুনবা অহিংগী ইন্নুং খোংগা লল্লদামদা
চিক্কা থোকপা শজিক্কুম; নুজাহুবু চবদা।
থাদোই মবুক লুপখরে নুংশিনবগে শুগোৎ
থোইবী-সেন্নু যেংহুনা— "তয়ুম সেন্নু যেংউনে।
কৈনো তোরিবসিবো! ফদী খোঙ্গা সনা শুগো
নুরা ওইবী অমন। শিংজা থোল্লি বসিবো।
নুশিরেদা অচান্বী! যেংউ মাগী শক্ অসে!
ফীজেৎ মতা অসিদা !! কৌরু সেন্নু খংনসি,
য়াম্না নুংশিখবেবো।।" হ নবিরক্লে যেংনবে।।
সেন্নু তম্না চংলক্লে শিংযোনবীগী মনাক্তা ।।
সেন্নু মানা—'তাববা! খোইনৌ হৌগা চান্নবা!
মোইরাং খোরি কৈথেন্দা শিংজা যোনবী নুরাও।
মজাইবেম্না থোইবীনা হৌগা! নংবু কোনিদো।

নরা নংম্ভু কৌরোকো। হৌতা! নংগী শিং অসে
মতা ঐনা লেরগে।" হায়রম্বুনা থাদোইনা
শিংজা অদু লৌকবে। সেনুনা মৈ থিকরে॥
লমজাই শিংজা অদুবু থোইবী' মেদা থারক্লে।
থোইবী মখুৎ লেপ্লরে "ম কৌবা হে লাইওদা!
নুবা লমজা অসিনা শিংজা মাবু যোনবদো
তোকহনবিরো ঙসিদৈ।' থাদোই বম নিখরে।
শিংচু থাবা লোইরগা থাদো সনা খুৎচুনা
তরেৎ সেংগাও পুংদগী সেঞ্জা খুজোক অংবু
লৌবে বে লমচাদা। ০ব চ০া ইবেম্মা।
লৌবিযুকো সেঞ্জসে থোইবী শংজা মম গ্র
বেদগীনে হবেনা! শংডা খব অচুগী
অম্লক যম্মাসে। সদ ননাই লেব চংজবাই।"
হায়না লংচা অদুন অথাম্বা ইঙৈ
"কবি মানে হৌতারেই! থেই নে। এবু
ম্যাম্ব যংদ লববা লেদ ঙোনা।" হযাবরে।
"সিদা নঙে পিখিনি নংগী কম্ব বাৎলোইকো,
ঐগা ইতা শম্লবে ঐগা। মংগ অঙ্কান।
লেমরক্লা তিল্লনি ঐগী বাংখুৎ যাংরেকো।
ঐনা পুংযোব য়েক্নি কেগে লংাক অসিদা
ঐগা চপ্ চেক ০ ঃ০ লগদবনি নহাক্লে।
চৎসি ঐগী ইযুমদা লেংচগে ইপাদা!—
মনাই ঐবু ইবেম্মা' ঙসি কোবা অসিদি
সনা সংগাই য়েংচবেই চাঁর যাম্লা মোৎখরে।
থোগন লেন্দ নাংলনি —চুগী কবি ম্বাকনি॥"
হায়রম্বুনা থোচ ইনা যংব।যরোন পিচুমা
মোইরাং খেথেনচুদগী থোইবী সেম্মু অনিনা

অঙৌইব-'মা ঙ'জরো করি কাম্নগনো" ।
হায়না সেন্নু হনখ্রে—পোংশিং অদু থনম্মে ।
সেন্নু থুংখ্রে থোইবীগী মপু সনা নাক-তুদা
হংবিরক্লে থোইবীনা—"ময়ুংমবৈ কম দৌই,
যৌরুবরা নত্তাকপো ?—মনাই ঐহাক য়োঁজকই,
য়ুম্না-কৈনা চাওরিবা ইংখোল সংবম—নিংথিজে,
য়ুমজাওনি যাম্ন ফজে হোৎদি ইহো হোরে ।
হৈনা-লৈনা হৌরিবা পম্বো লৈশোন 'সিবুদি,
হেল্লি মঙোয অদুনা । তৌবা থোদো মতাদি—
শেম্নিদ্রবা মতা ওই, ঙরে মরাই চায়বগুম ।
অদুগমে ঙসিদি ঙকখ্রেদকো ইবেম্মা !
ঐগা মাং থাবদগী হোৎচং লান্সিনখিবদা
মানা মাং হেক থাগৎলি, পনফদবা অমনে,
ফম্মম্মিমে দারিদা ঐবু হেক উবতুদা
চেন্সিনখিদা ইমুংদা, ঐস্থু হংদে 'তুন লাকও"
হন্মে স্নুম্না সেগুমা । 'কনা মল্লি ইতাবোই"
হায়না হংই থোইবীন । "অদুক মুম্না উহৌদ্রে,
যজে হায়বদি শোইদ্রে, অমদি ওইরেদনা ।"
স্নুম্না য়ারি তৌনরি । লাইরু থাংগোক শংলোনদা
বারম পুম্বা হুমখো মদু নিংথৌ খম্বদা
নুজা খমন্নু মচেন্না । খম্বা নবুক হরাওজে ।
হম্পাক য়ুমদা থোইবীদো মপাবুদা হংগৎলে ।
লৈকাই লাকপা মরিনা খুন্থন খুংথা পাও-চেল্লে,—
'হয়েং ইন্নু ডানবুদা নিঙোল লাকপে কাংসংদা
থুংডো কাং-শান্নমি" হায়না কেগে লৈনবোম ।
নিংথিজবা কাংশংদি নিঙোল লাকপই ময়ুমদা
তিল্লে ইন্নুং জানবগী নুমিৎয়ুংফাংত্রিৈঙদা ।

মজা ইবেম্মা থোইবী কুম্ব নৌবী থাদোইনা
চিংলে খুম্নক লোমগীনা । খুংখা য়োমদা অঙোমগী
তোয়ো কৌবী ন্নয়ানা নিঙোল মকোক চিংলক্রে।
মীচম্ নত্তে তোয়ো-দো-খুরাই লৈমই মমোম নি
অঙোম সিজ পাকানি জাৎতা মৈ হৌবিনীনি॥
চিংখুবগী মমোম-লোই থাদোই মাগা পাবদা
চায়দো—নুবা মহাকস্থ। মাগী রাৎপা মক্তবু-
মশমদদা রাৎপনি, মশমতুগী মখোই দি !

পোকপা নুমিৎতগীনা লুতুং ঙাবা শমমৈখে
ঙকশম্ লেংপাক শোকঙবি। লুমাং ঙাবা অতুম্থ
য়ৌদ্রি লাইবক অমুক্তা শাই-তাবম্থ ’তুমডাই।
কোংযানবগা তোবোগা অমি পোকমিন্নবান।
অঙোম কোন্নুং মন্নুংদা তোবো তোমশাংনবি নি।
কেগে লমদমদা য়াইফে হাইনা-হুন্না পামবি-নি।
খুবাই লৈম-মমানা অঙোম নিংথৌ মপানা
তোবো’ লুনা তৌবদি - নত্তে মোইবাং লৈপাক্রা॥

তোবো মশান অতুদা খোইদনবা হায়তুনা
মন্ত্র যন্ত্র থিবদা অঙোম মরল লোইবনি।
ময়া-খিদ্রে তিংবাইবা। চহি কুন্থা মুন-ফাও
শম’তু লেংপাক শোক্তবে শাইনা মাম্ন যৌদবে।
শম’তু নক্ষাৎননবা শেৎলক-চায়কপ’তুদি
ফীগে ফিরাং সনা-না তোয়ো পুংয়োম যোমখবে।
অতুমকপু তোবোগী শমগী গুম্না মহে’লি।
খুংখা তোবো য়াওয়ক্লে মজাই-বেম্মা খুংঙবে।
শাবান্ মূর্ত্তি য়েংবদি থাদোই তোবো হেমদে ॥
খুমন চনু খমনুম্ব চবৈ শেৎপা লোইখয়ে।
নিংথোল কাংব শান্নবা চৎলমদায়দি অসিদা -

উহনবিম্বু কনাবু! মুজা ঐগী লৈপুল-লা
খংজগেকো ননাই ঐ—" হায়না খাদোই বাশকই॥
ছুপ্পিল্লক্লে, কাং অদু ছুপ্পিল্লক্লে খম্বদা॥
খাদোই মাগী গুন্-হুনা খোয়ুম মাবু য়াওখরে।
শামু ময়া কাং-অদো কনা 'মতা উহৌদ্রে,
ঙক্কা ফীগা মরক্তা অহোবদা লিংশিনদ্রে,
খম্বা মাসিক খংহৌদ্রে খম্বই তম্পাক্তা তাগ্রে।
থোইবী মাদি ফমখরে, মাগী কাংখুন ফম্ফমদা।
"ঐগী কাং-দি" থিসিন্নে, ময়াম অদু হংখরে
কাং থিবা খংখিদরে কয়ো কয়ো হায়নরে।
খাদোই মুংশা থিসিন্নে নিঙোল লাকপা তাকউরে॥
"সমু মাই-কোক তরাগা মান্নবা কাংনিকো।
মাচৈব-য়াদে" হায়দুনা নিঙোল লাকপা লাওরকই।
ভাবোক মুংশা থিনরে, ফি কল্লু হায়নরক্লে।
কল্লু বল্লু হায়দুনা কন্নরকপা য়াওরক্লে।
লোইনা বল্লু হায়ন 'মুক লাওরে নিঙোল-লাকপনা।
থোদো অসি উবদা খল্লি খম্বা মতোমদা—
"ঐদি নোং-তুন নোক্লিংই—কৈনো ইবেম্ম-সিবো!
ভাবোক-শিংসি মতৌনে;—মাগী নকাং মাংলগা
ফি বল্লু হায়ব-সিবু—টকাইবিদা ঐহাক তে!"
মতম অসি অয়াম্ব মফি মফি কন্নরে।
খম্বা-মাগা থংনবা অম-অনি-মঙাইরে।
টকাইবোই করিবোইনা লৈরে লৌয়েংনহুনা।
পাথং পরেং অসিবু য়েংশিল্লকই ময়াম্না।
খুমন মাগী মায়কৈসি লোইবী লোক-কুম শুক্ল-উই।
পাক হায়বদি ডম্নদে—লনজিং বাহৈ ওইন-হায—
"কল্লু কল্লু লোইনব"—হায়রকই নিঙোন লাকপা।

শাওরে খম্বা হায়বকই—'মোইরাং ইচিম ইনাওশা।
তানিংদবা রানিকো, হৌগংকন্নু অমতা!
আদা কাংনা মাংলগা ঐখোই সিদা ফি কনবা!
তাবা য়াদবা রাদি হৌগংকন্নু অমতা"
হাননা থিঙগে পরেংদু। হৌগংতরে বনাস্থু।
নিঙোল লাকপনা—"হাই হাই! মোইরাং-মচা করিনো
লৈপাক পুম্বা হৌগংনৈ নবি নিঙাই চাওবগে!"
হায়রে। খম্বা স্কট-তোঙই। 'হাই নিঙোল লাকপসিদে"
খল্লুই 'সিনা [illegible] নাকল হায়বসিদে
না জা ইমা শকপান" হানা মমং লৈবকই।
থেংদো অসি উংদা [illegible] খরে। খোইবীনা—
'শাঙ্গ [illegible] অম্ম অ[illegible] বনো—
ঙসি ঐনা শায় [illegible] নলাগী কাং সাদ"
সেগে রাথো [illegible] ইনবা যাবনগে করিনো!
'তমনা তোবি নানাপিন্নু মোইরাং ইনুং ইপাদা
হাই-ভুনবা হানা গন্থ [illegible] কাং-অদো
ঐগী হপোক মাংলগা কারে চবে শল্লুনি,
কনবিগন্নু করিনে! ঐগী মিংদা থিনবা
তৌনিনাই-শক্লি" হানা খাম্বে মখাংদো॥
থাগংনবে খোইবীবু—খুমন নাদি গুংঙাইতে,
গুবা মাই রাদুনা খুম্মসিন্নু কদাইনো।
স্থম্বা কনসি শান্নি। খোইবী নুংশা থিনক্লে।
খুন্তক নোঙ্গা পাঞ্জল-গ তারেং ত।। লৈনদা
নোবে নবৈ ওইনক্লে। [illegible] সি নোইংবাসি হায়বে।
নয়াম কায় দবৈনা। কাং [illegible] হেক লোইবা কান-দা—
"ঙসি বাংগী অসিদ [illegible] খোঙ নিঙান মখোনা
নোনৈ শান [illegible] পানগানি, [illegible] লোক্তাক কুনহুনা!

তুগ। তবা চানসি খ্বাইন। করি হায়বগে?"
হায়না থাদোই লাওজরে। 'যাম্ম ফেন। চানসি''
হায়না মখাম মানরে হরাওবগা লোইননা ॥
ভাবোক চোংগনরকে, চাইথ-যাকুন্নবক্লে।
খুমন মাবু চৌগৎলে বান্দু ইরেন তাবকলে।
খম্বা-খংগ্রেক খংখবে 'ইবৈ হরে' শিরেনা।
করম লৈরম্মিবনো! শিরেদনা সিদে চীঃ!
ঐনা নিঙাই চাওহনা হেংগৎলমদে ফবনি!
ঐবু হাৎকে তোবোইরে! করি মুংচাইত্তবা লৈ?—
'তুক চেকসিন্না ফম্বন নাচোং কদা চংই ম —
হায়না কাংনবু খম্বা শাওনি সত্রিক যেংতুনা।
চবই চগী তাঙ্গাদা সেন্নু তুমিন চংখয়,
মবেম্মগী ঈংগিৎকৈ হাংজবনে খম্বদা
'ইবুঙোতোন নাং অনম গঞ্জনবনি 'যেম্মনা
পুবিখরে।" হায়র ই খম্বা বুদ্ধি তাখরে।
মীরং মারং য়েংবনা খম্বা কাং-তু খুঞ্জিল্লে।
লৈপখ্বা কাংতু খুনদা থোইবী" নোংশিং তৌদ্রনা
খন্নুই মাথা লেপ্তুনা হম্মই নাবাক থিজিল্লি ॥
চাংহাক ঙাইবে নখাং চনখবা তাঙ্গাঙ্গু।
খর কোল্ল। অতুদে থদোই মানে, খন্নুনে,
মনাই নুপী সেন্নুনে থোকমিনখ্রে অহুমদো ॥
থোইবী' খম্বু যেংতুনা "ইতা ইবেম্মা হবেং
মোইবাং-হিথাংযমদ। উন্নরসিকো তুগা
চা ফাবা চৎমিসি যৌংগোকে!—ইবেম্মা!"
হায়মখরে হনখবে! তমপাক যুমদা থুংখবে।
লুইয়-খাংপোক-স লোনদা নাময়া খময়ু থুজবে।
ইম্মুং অসি লেল্লকই। কাংগী মুমদং অসিদা

লৈক্লাই লাকপা মরি লাংগোই ভস্তোং ভোংখরে।
সগোন পাওনা চেল্লকই.—'কেগে লৈমরোন মথৈ,
হয়েং মোইরাং লোক্তাক-তা লেমে তানবা কুমগনি.
মজাই-বেম্মনা চিংবা। নিপা হায়বা জাং-অহু
লোক্তাক্তা চোপ্—তাকবোই হয়েং কৌবা মুমিৎতি।
কুমথিবস্থু কৌথংলু—মপু সনা য়াথংনি।
থৌওইদবা কনানা কুমমম্ লাক্অম্ থোল্লবা
লোক্তাক ওামি থেম্মনি শুগুমু লোইকম যৌনি।
তাদবস্থু তাহৌরো খংদবস্থু খংহৌরো'
লাওথোকখরে লৈপাক্তা। তাবস্থস্থু কাখংত্রে
কুমগদোস্থু কুমখিগ্রে। লোক্তাক নিপা তাখিদ্রে॥

---

অষ্টমশুবা পন্দুপ

## ইন চিংবা

কেগে মাগী হিথাংকম লাইজ-কংকান তাইনবা,
খোংজিল লমদম অহুদা লাকএ মিঙোন ময়ামদো।
তরা চণ্ডন চানরে পূমস্থু স্থনা তিনখরে।
খম্নু চংলমদাইহুদা নোংয়াই মৌপ্‌রা কৌরকই,-
"ভোলেন নংবু তাবরা. চংথোকনু ইবুংঙো!
ইচেম চংলুখিগেকো, তরা লাম্মে হায়রগা
লৈম্লে সিদা লৈবনি, সিনা চরা বাল্লুকো।"
সিন্নরম্মে চংখবে—মতারক্তা য়ৌখরে।
নূরা শিংদো চংখরে বাকৈয়ে ঙম্না তোংখরে।
লোক্তাকতা কুমথরক্লে সেন্দ্রা লোমদা লাক্নুবা
ইথিং চিংথোং তারক্লে। থমং-খোংগী খোংজিন্দা
খাদোই ইন ফম ওইহোরে। নোংচুপ ইথং থংহোরে,
ইবেম্মগী ইন-ফম্না। য়েৎলোইমনা মম্বাম্না
চিংখৈদগী মমাংলোম পরেংশানা—চিংখরে॥
থোইবি ইতোপ-তোপহোরে।—কেগে শিংগী খুল্লক্তা
শাংচররি লৈরাংশিং—কোলোই খম্বাল মখৈদো,
লোক্তাক মিংসেন ওইবদা থমং-খোংগী খোংজিন্দা,
সেন্দ্রা চিংথোং লমদমদা—ইশিং কংকান তাইনবা
শিংঙেম থম্বাল ওইখরে নিংথিজবা থৈরক্লে।
সেন্দা নোংমাই মহাক্লা মুংথিল ওইরক্লবদা,
লৈম্লে চরা বামবা তাকলম্বতু মচেম্না,
থিরুবদা কংদরে মাম্না মুম্না খিবদা।
খোয়ুম মানা লোৎপরা হায়বা ফাওবা য়াখরে।

"কন্বিনো লৈতেদনা ইচেম' নাক্সো- চৎলগে।
কনাস্থু-স্' উন্নরোই লৌম্ন খম্বা[illegible]ক্লগে।
ইম-জিংবস্থু গেংলকে, মজাই বেম্মা পোইবীখোই
ইন-জিংগনি-হাযবসি য়েংবা কনা মুঙাইনি।"
হায়না খল্লে খম্বদে। খোয়ুম মাবু চংথরে।
চৎলগেদো হায়দুনা খম্বা অদুম থোরকলে।
খোংজিন হিথাংফম লোমদা খুমন মদোম কুম্মকলে।
খুমন মানা লাকপদা কেগে মচাশিংনদি
চংনত্রবা কৌবগী হিগী হি ঙাক ঙাইরম্মে।

নৌগা হিগা কোন্নবা হি অমংক তোংখরে
হি অদুবু হোল্লকলে--। নোংযাই মাগী হি অদু,
কারং-লাইফুম কোয়বা থমং খোংগী নোংচুপ্তা
লৈবা ফুমজাও অদুদা হি-দু ইরেন থেংউরে
মালংবমা পুদুনা হি-দু'দুদা যৈশিল্লে।
থোইবীগস্থু নক্লরে। থাংজিং বৌবা লাই-দুনা
শেম্বিবদি হি-রমগুম তিদুনা থেংবদা
তুবৎ লৈরে হিরম "মা। থোইবী' মায়কৈ অদোমদা।
হিবম মতুং ইন্দুনা খম্বা অদুম হোৎকলে।
থোইবী মায়কৈ অদোমদা হিনাও অদু খোকখরে।
থোইবী খম্বা উনরে হেন্দোকলগে হায়দুনা
খুমন পাংগন থেকু-মখৈ হোন্দোরকলে হি তদো।
লোক্তাক ইথক পুন্নবা মালং খোংগাও কনবমা
পুসিল্লকলে হি তদো খুমন হেন্দোকচাথগে,
হোৎনবদা য়াখিদে -কৈগাক অদুম তক্লিনপ্রে।
"থাদোই মানা থাবিবা ইনগী মথক অদুদা
হংগেন মরি তবু নম্বেকউরে হি দুনা
হংগেন পুমতেক তেকখরে। থাদোই চেপক্লেপ য়েংলকই—

মচেমতুনা শাওরনি হায়বতুগী কিবনা।
খম্ ন্নু মাবু উবদা মজাইবেম্মা থোইবীনা—
"ইতা ঐদি কাঙ্গদ্রে ঙাস্থ'মতা ফাদ্রেদো
হংগেনম্মু থুদেকপিরে মুংঙাইতরে চংলগে।
ঙা ফাদবসিননে য়াম্নম্মু ইকাইজরে।
নহোয় ময়াম চিংহোৌখো ঐদি য়াম্না শাওনিংই॥"
সেন্নুদা য়েংঙতুনা- "বৈনো সেন্নু পুল্লবা,
ন্নুপীনি হায়তুননে য়াম্না উশিংখিদরে।"
সেন্নু পুন্নগে তে'বদা, মজাইবেম্মনা নহান,
লমজা খম্ ন্নু মচেমদা পিনখিবা লিক-তুমে,
মচেম তুগী ইন্নফা চরৈ-দুগা অনিদো।
চরৈতুনা কোক্ত-য়েং, লিক্ গতুনা চকতশি;
খুমন মশা অতুদা পকৃইবতু উরক্লে॥
লিক-চরৈ অনিতুবু মপু মনাই খংঙক্লে।
মবেম্মদা সেন্নুনা মিংনা ইংগিত. তৌরকই॥
থাদোই মিংনা সেন্নুদা -"মানি—নহাই অচানবী"।
খংনরবা অতুদা, থোইবী মামা খম্ ন্নুদা—
"মোইরাং চন্নু ইতারোই। মোইবাং ইবু ঙাইবসে,
খংবিবরা ইতারোই ?" হংবিরক্লে খম্ ন্নুদা—
"ননাই খংদে ইবেম্মা।" নানজা মামা খুম্নকলে।
থাদোই অমুক হন্দুনা—লিকী ফিগী শক-তি খং—
"কেগে ইতা লাইববী! নহান ঐনা পিখিবা
লিক্কা—ইন্নফী তুগা অনি তুবু লৈরিব্রা ?"
হংবিরক্লে খম্ ন্নুদা। লমজা খম্ ন্নু লাইরবী—
'লৈজৈ মজাইবেম্মা।" —ৱারম অতু তাবদা—
'মাংহনগনু ইতারোই।" হাইবিরক্লে থাদোইনা।
সেন্নু মামা খম্বু পুন্ বমক্তি পুজ্জদে,

পুল্লগদি হায়দুনা থোরী মতং অমা পায়
ইলাং লাংশিন্নদুনা খুমন মাক্তা হোৎনরি।
তাঙ্গা সিদা খম্বনুদো তৌফম লাকথম খংদবে।
মজাইবেম্মা অমুক্কা "ইতা নপোৎ লৌরুবো
লৈহৌগেবা, তুম্ম্—ফৈ, ঐদি চৎচবগ্নগে।
কেগে চৈরাপ যৌবগে"। হায়নরেদো থোইবীনা।
খমনু বিশ্বরদুনা নিংতা নিংবু তাখরে—
"তৌবিগনু ইবেম্মা। মোইরাং নিপা অপংবা,
পাংদবদি ননাইসে, ননাই ঐগী ইপ্বানি।
কেগে চৈরাপ যৌদুনা দণ্ডি পিবা হায়বসি,
তোল্লবদি ননাইনি শাকপিয়বা ইবেম্মা!"
ঙুরা অসি হায়দুনা লাইরবীদি খম্বনুনা,
থাদোই সনা চোরোম্দা খুরমজবে বপুনা।
"হাইমা! ইতা ইবেম্মা! ঐদি কনা খংগনি,
ইতায় নৌপ্বা। ওইরেবো নুংশিদা ইপুরাদে।
য়াম্না ফরে লাইবরী! ইচেই বুংঙো শাওনুবো!
খংদেদনা ইচেমদে পংঙাং হেক ঙাংউরেবো॥"
হায়রদুনা মোল্লক্লে থাদোই লৈরাং মানবীদো॥
লাইরবীদি খমনুনা—"ননাই ইপ্বা অসিবু,
মোইরাং কনাগুম্বনা উরবদি ইবেম্মা!
কেগে য়াথোক ওইরনি, থাদোকপিগ্রো ননাইবু।"
হংগৎচরে থোইবীদা।—"বরি য়ানো ইতারোই।
কনায় মথৌ লৈবগে, ঐনা ইঙ্গিংজবদা,
ইপ্বা তুংইনজববু লৈজনমু কেদৌগে!—
লৈয়ু লৈয়ু ইবুংঙো!—চৎলো চৎলো ইতাম্ম।"
খম্বনু মচেম চৎখরে মাগী ইঙ্গিংকম্বদুদা।
খুমন মবুক অহুদা নিংকোক-নিংকোক চুংঙাইতে।

ইপ্‌ৱা ইপ্‌ৱা হায়বদো খম্বা মানা শাওনিংই।
থাদোই মানা অমুক্কা—"তারিবরা ইবুংঙো।
ইচেম, ৱা'মা হায়গেনে।" ৱাফম অহু তাবদা—
"চাহি অসে ঐখোইগী ফনা য়ামজরনানি।"
হায়দোরক্রে খম্বনা। য়াঙাম্নদি ইরং লং,
য়াখোংনদি ইমু-মু; হাটিকং নোংথোংকপনা,
পাখং লংবু ওইরবী—থাদোই মোমোন-নোক্তুনা।
"করি ৱানো ইবুংঙো! ইতা নচেন ইবেম্মা,
ঐগা ইতা পাম্নদো। চহিগীদি খংদরে,
ইচে কৌগম থোকইগে!" থোইবী ৱাহু তাবদা—
"হোয়! অহু ওইহুনস্থু ইপ্‌ৱা ইপ্‌ৱা হায়বদি,
ঐদি হায়হনজনিংদে।" খুম্মকইদো খম্বদো॥
থোইবী "মাহু লাইরিনে, ঙসি ইচে ৱা হায়গে,
নচে ইবেম্মা ইতাসে নুপা যদোম ওইবদা,
য়াম্না ৱারে খঙ্গদো! য়ুম্বান্না তৌবসি,
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা পাখং পুক্নিং তাবদো,
হায়যুগবা ইচেনদা! ইপ্‌ৱায়দমক নচেন্না,
হোৎনজগে শায়দনা হংগোইগন্নু ইকাইহনু॥"
খম্বা ৱাহু তাবদা "ঐবু হায়জৌ হায়রবদি,
লৈথোকপদি তৌবিনু হায়জগেনে ঙমগদ্রা?"
থোইবী "করি ৱানোদ! ইপন' নিংথৌ ওইরিদো,
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা ইপ্‌ৱায়দমক ঐহাক্না
নিংোল শনা খিনবু তাংখৎপা মহায়'
করি ঙমদগদগে অপাম্নদি কনানো?"
থাদোই মৱা তাবদা "কেগে মোইরাং লৈপাক্তা,
অতৈ অমা পানজদে, যাম্না মুপা খমবিযু

চংশিল্লকপা অহুনা হানপ্রত্নুনা খম্বদো
চেনথোকপস্থ নংহৌত্রে। ইমুংদা-হুম লোংখরে ॥
নুরা অহুম লাকপনা ইমুং মচুং য়েৌরক্লে।
চুম্বা য়েংবা শাত্নুমা কা খুদিংদা থিরক্লে।
থোইবী—"ইতা ইবেম্মা! য়ুমসিদি চাওখরেদা,
সিনা ইতায় ক্ষমুংলা!" হংসিন্নরে খম্নুদা
সনা মহী কাচিন্দা লাইগী খরাই মচুংদা,
খম্বা ইচাও চাওনবু লোংত্নুনদি লৈরম্ল ॥
খঙংে থোইবী খমনুদা "ইতা ইবেম্মা করিনো!"
সিদা 'লবি' লাইসিবো?" "খুমন পোকপনি' বেম্মা।"
খুমই খমনু লমজানা—"খুমন পোকপা অসিবু
মুত্তি ওইনা থোকপরা?"—হংলক্লেদো থোইবীনা।
য়াম্না লুপ্ত্রবা লাইনি মুর্ত্তি ওইনিঙে ওইদো—
মনিং তম্বা লাইনিদো!"—হায়জরকই খমনুনা।
"খুমন পোকপা অসিবু ঐখোই ইয়ুম মোইরাংদি
যামোইদরা ইতায়োই! 'মুক্তা খুরুমজগেবা।"—
"য়ানি করি য়াদনি, খুরুমবিয়ু ইবেম্মা।"
'হোয়নে সেন্নু অচাম্বী! খুমন পোকপা খুরুমসি।
হৈরাং লৈরাং অরৈবা পুরকউনে তারিত্রা?"—
থাদোই নরা তাবদা মনাই সেন্নু অহুনা,
হৈরাং লৈরাং থরনে কাচিন হুদা থাররে।
থোইবী মখুং লোন্নরে—"মনিং থোংসি হাংদোকউ"
হায়রম্লগা থোইবীনা খুকউ লৈদা তাহুনা,
সেন্নু মপু মনাইনা—"খুমন পোকপা ইবুংঙো!
পোকলেন পোকপা লাইনিংথো, নিংবা থোবা শিংথোবা!
মনাই নিংবা থুংজগে থুংহনবিয়ু নহাক্না।"
য়াতা অহু তাবদা খম্বা নোঙ্গিংপ্রহুনা

থাংবা লাকপা শুমদরে। থোইবী মপু মনাইনা,
খুরমযকপা লুকথবা মতম অহু য়েংহনা,
চোংথোকতুনা চেম্থোকথরে নোংয়াই. মশিং 'খোংলোমদা।
"সেহু তাম্রু চেনখরে, খুমন পোকপা লাই-অদো"
হায়রদুনা থাদোইগা মপু মনাই অনিনা
তায়রতুনা কায়কলে, মশিং সংতপ মনুংদৈ।
খম্বা মখুং পায়তুনা পুশিল্লকলে সেনুনা।
খমনু মাস্থ মনোকলে, অহুম অহু শিথয়ে।
খম্বা মাস্থ নোকনিংবা থাংবা লাকপা শুমদরে।
চিনবু ফানা খুমহুনা খুমন মাস্থ নোকথরে।
থোইবী, খমনু য়েংহুনা ইতা করি মতৌনো!
ঙসি তৌরিবসিবো"—খমনু "কনা থংগনি,
হৌজিক্তা লাকমিন্নরি ইপু ইনাই'খোই অম্মানি।
ঐদি লৈতবোই মিংই ইকাইহুনা তৌ'রিনি।"
খুমন মাদি তুমিন্না থৌবোম কাদা চংথরে।
নুবা ওইবা অহুমদো ঝাদি ইঙাং ঙাংনদে।
নিংথৌ মচা থাদোইনা খুমন মতৌ তম্মকই।
নুবা লমথাং অহুনা ফীরু অমুক খুমজিল্লি,
সনুই লমথাং অহুনা অমুক য়েংশিল্লি।
সনু মখুং পায়হুনা মনাক্তাহেক চিংশিল্লি।
রম্মাল্লী নমহুনা অমুক হোন' হেক নোকই।
অমুক তুমিন হেক লৈখি। খম্বে মতৌ হেক তমই।
অমুকহেন' হেক নোকই। নোকপা মখৈ ইত্রা-তাই।।
'অপাংহুনা নোকপনি' খুমন মাস্থ খল্লমই,
হুমিন্না হেক লৈ হেক নোক কুইশিল্লকলে মতমদো।
'অহুমসিবো নোকঅল্লি! কৈদৌর নো" হায়রহুনা
থাবোম কাদৈ খম্বনা য়েপথহুনা য়েংববু—

মজাইবেম্মা থোইবীনা মাগী মতৌ তম্বম্মে।
খম্বা মানা লোৎল্লুবা মানা হৌ'না চেল্লুবা
মপু মমাই' ফারকপা থৌবোম কাদা চংথিবা।
খুমন মমু উগনি তাখিগনি হায়বগী
ইকাইখগুম হঙোইগুম খম্‌নু সেনু অনিনা,
ওইরম্না তাবোকপু তৌরম্মিবা লীলাদো,
উরম্মেদো খুমন্না। থাদোই মাম্না মমিৎতো,
নুংশিরবী মিৎতুনা উপ্রদরা হায়রুনা
পাখং নৈবা লমদমদা হাইফেৎ তুকস্থ মেংবগুমতৌ!
থাদোই মতৌ অতুবু খম্বা মানা উরকই।
খম্লি খুমন মহাক্না "ঙাওখরেদা মাসিদে॥"
খুমন উরে হায়বসে য়েংই হায়বা ভাবতুস্থ
থাদোই মাদি তৌরুদে। অতুম ফাগি মতৌরি॥
কেগেদস্থ তাংলবী খুৎনা খন্‌বা নৈগুম্বী
শক্লদৌর ফজরে মাশীনগা নৈবনে
লাইগী মচা ওইরবী চমদরবি মপোকনে
নুংশিরবী শক-তুনা নুংশিরবা মৌপুবা
খুমন মাগী মতৌবু তমজম্না হম্বাওবা;
তম্মিবনস্থ মাত্তে—থোকথিবনস্থ হেন্দে;
খম্‌নু কৌবী মহাক্না হান্না নুংশিজবনে
ফাগী তৌবা অতুদা পেঙথিবা নুংশিবা।
লমজা ওইবী খম্‌নুদো লাইবক থিবি মপোক্তা
থোইবী মতৌ উবদা পুমকাও ওইনা কাওখরে॥
থাদোই কৌবী ইবেম্মা! ঙসি নুমিৎ অনিদা
সনা থোংনেৎনমবা নপাই শংপাই অতুবু
কৈদৌনপি মতোন্দা থোইবী পুমকাও কাওখরে॥
মতম কুইনা সেমজ্রবা পুরেম্নগী মরানম্নাই।

ভিহে্যক লৈচাক কাযবা লাইবা খাংপোক শংহুবু,
হৈনা লৈনা থল্লবা শিদ-নাদ পুংওইবা,—
স্বর্গ হায়বা হুদপী শরুক চামা হেনথরে।
খম্বা মাস্থু ছ'মঙাই, লাইর মপোক কাওথরে।
রাশি লৈবা মীশিংনা মীগী মতৌ তম্বদ।
ফজবগে কয়ামুক, মাহু, মী মাদি খংজদে।
থংই ভাবোক অহুনা মী মাগী মগুনহুবু!!
সূম্বা ফাগি মতাসে অমুক্তগা উজদা,
ইতাও তাওরে খম্বদো কুম্মৈ অহু উবদা॥
ওসি ফাগি অসিদা মানগ্রহুনা থোইবীদো
ভাবোক্সু থামদরে মুংঙাইছুনা কুমৈদা।
থেংঙে ঙল্লি হায়বদো পুমকাও ওইনা কাওথরে॥
নোকপা মখৈ নোক্লগা নিংশিংনরে মতমদো।
লাইরবীদি খম্ভুনা নোক-অতুনা "ইবেম্মা!
নুমিৎ য়াম্না থেংথরে" হায়ব-দদা নোক্লকই।
নিংশিং মিংশিং নোকপমা নোকপৈ লোইবা মাইদরে।
নুমিৎ থেংই হায়বদো থাদোই তাদে থৌওইনা!
মমায় মমায় লৈথোক্লে হেক্ত মোক্লে য়েংবগা।
অসুম লৈরকপসিদা কোয়ৌ নারল চনথবে।
লাইববীদি খম্নুনা "কৈনোনে! তোক-অসিবা,
যেংউ য়াম্না থেংথরে" সিদ হায়স্থু মনোকই।
থেংগ্রে হায়কা হুমক্না অচুম্বমক থেংথরে।
মোইরাং কৈথেন, লম্বীদো মীচিক মীথোন তাদরে।
সেন্থু তাঙ্গা থংবিনা "থেংগ্রে থেংগ্রে ইবেম্মা।"
থোইবী খিক খিক নোক্তুনা—'থেংথরবরা। সেন্থু-
চংননবা তৌরলি" হায়মহুনা থোকউরে॥
চেস্লিলক্লে "ক্ষিজরে-য়াম্না মমগ্রে"—হায়রমে

খম্বা মাদি তাদনা হায়রে লোম্লপ থোইবীনা
'ইতাইবেম্মা ! ঙাহাক্তা খিহ্লনবিয়ু কৈদৌগে।"
ক্ষঙাইরুদ-ওইবনা খম্নু-খম্ব য়েংহুনা—
"ইহু নিংথৌ তাবম্মা—লেপউগবা ঙহাক্তা,
থেংদোকখরে ইবুংগো !" অসি হায়র মনোকই।
অসাই ফাগিত্নদবু লৈবে নিংশিংহুন্নদা।
নুরা ওইবী অহুমদো নোকপা থাংবা মক্তদা,
মাবে থবেৎ থবেৎলে। মচেন মাথং ফংবদা,
শংতপ্পুগী লৌরুমে শিঙহু খুদাপ অম থক্
প্রোক-থেক্লনা শীং অহু থোবক্রে মৈ চংনহনা।
"চৎতুম্ চংখ্রে ব'ম্রো থিন্বিগন্রা হায়রগা"—
থাদোই অসি হায়রগা হুম্হু পংনোক মনোকই।
"ঙাংঙোইদ'নি লেংহৌরো" হায়রক্লেদো খম্নুনা।
"হুদি ইতা চৎলগে"—"ফনি লেংও ইবেম্মা"।
মুম্না মজাইবেম্মা সেম্বু নপু মনাইদো
থম্বৈ তুংবু ইল্লক্লে। খব চৎল' নতন্দা -
"ঐখোই মাং থাজগেবা" হায়রম্নগা অনিদো,
চেংগৈ পন্দোম্নদগীনি মুরাশিংনা ০াং থারে।
খুমন মানা "ফবেদা ! কিপ্রে মাংদা লেংবিয়ু।
হোয়েন তুংদা লেংঙগা ইতৌ তম্বিবক্তুনা !"
থোইবী "হাইমা !" হায়রগা সেম্বু ঙক্তা কোম্লুরে।
থাদোই বাকা ঙাংখিদ্রে। সেম্বু মাম্বু ঙাংদরে॥
মপু মনাই অনিদো উপ্রমাল্লে হায়হুনা,
শিকনৈ মুরা খুজিম্না, ইকায়জয়ে থাদোইদো॥
চেংগৈ পন্দোম য়োবদা খুমন পায়বা মৈরাক্লে;
লোংলৈ নুংশিং অমনা লৈশিন্দুনা মুৎথংলে।
"মাইদা ইতা কমদৌমি" হায়জবন্মই থাজাইদো।

সেন্থু'—'কেনো ইবুঙো'! মীচাও হৌন' ত্তোর'ব্রা?'
থাদোই—"মীচাও কৈদোৱা" হংলে সেনু মনাইদা,
'মীচাও শনজাও অক্সানি ঙম-ওন্ ইথুং থংদবা
নুপী অঙাং থিল্লগা খবা চেক্লিনবা।
কমদোগবা হৌজিকনে।" থোইবী মহু তাবদা—
"শকথিদিগা লোইনবা তাচং অওক' উরগা,
নোক্নখিনি, অতুগী ইকাইহুমা ত্তোরিনি।
ফরে সিনা কৈদোগে" থোইবী মানা খুম্মকই।
সুম্না কাগী তৌমরে, খর চংলে নক্লক্লে,
অরাম তম্পাক য়ুমদবু "খুমন সিবু পুরসি"
থোইবী মপু মনাইদো তাম্নরকলে লমখাংদা।
খম্ব'—"কিররোইদরা? ঐদি লৈজহৌরগে?"
হায়। থোইবীনা খুমকই "হাইমা! সেন্থু অচানবী!
ঙম্মোই ঐদি ঙমজরোই লম্জাওসিদি খরফে।
ঐনা কিজবদিনে ঐখোয় হোজং মনাক্কী
বোকুল মখোং অসিনি। সেন্থু ঐদি হল্লনি।"
সেন্থুনা 'চুমই—'বেম্মা! বোকুন মখোং ত্নদগী
পুখ্রি মপান অসিন্না অয়ুক হেন্না কিজক্লে।"
সুয়া চক্রি ত্তোহুনা খুমন মাবু পুরক্লে।
তম্পাক য়ুমদি য়োখরে। লৌশিং চাওবী থাদোইনা—
সুবা মাগী মনিংতম নাম্ব-ইয়োং শংথুদা,
খুমন মাবু থমখরে। ইয়োং শংগী মনুংদা,
থবক সুবা ৱারগা থম্মি শোংথাননবা,
মোম্পাক মোন্দুম নিংথিনা সেনু মপু মনাইগি।
পম্থো সংগাই মনুংদা সুবা নিঙোন কায়দা
নিংঙোন মাগী দবক্তি থাক্সিবদি কনুংথু,
নম্ব ইয়োং শংঙীনা থোইনা হেন্না নিংথিঁজ।

মরূপ মপাং লাক্লগা তিল্লি হায়না মাহুদা,
হৈনা লৈনা লাঙ্-হুনা খম্বি-ইয়োং শংহুনা ॥
লৈনম্ হৈনম্ নিংথিবা য়াবা মুজা নম্দবা,
নিঙোন কাদে মাহুনা য়াম্না হেল্লি নুংশিবা ॥
সেন্ মপু মনাইনা খুমন মাবু লৈহল্লে।
খুমন থম্জিল্লম্লগা মপু মনাই চংখরে।
পলেম পম্হো ময়ামদা "তবা চাজরয়োইগে৷
খম্বিরম্মো অহুম্মা চানিংলগা কোম্বু
চাজরগে" হায়হুনা মপু মনাই অনিদো,
নুরা মিঙোল কাহুদা সেন্ থোইবী হিপখরে।
পলেম পম্হো অহুনা নুরা 'নিগী লুকক্ম্দো,
থম্বিরম্মে শেমহুনা 'ৱায়হুনা তৌরবোই"
খল্লহুনা ময়ামদো, হিপ্লখরে লোইনবা।
ময়াম তুমনখরগা সেন্ মপু মনাইদো,
হৌগৎলকলে তুমিন্না চংগ্রে ইয়োং শংহুদা,
ইনুংশোইবা অহুবু মপু মনাই অনিগা,
খম্বা মাগা অহুমদো চাব থকপা লোইখরে,
ৱারি ৱাতাই শানরে। থাদোই মাগী অহুঙৈ
মপোক কয়া অহুগী হৌখরবা লাংওনদো,
ইনুং মতেক অহুদা লীরে লোইনবা সুমবা ॥
মপু মনাই অহুম্না ৱারি ময়াম লীনবা,
মতম অহু শাংহুনা হৌখরেদো অহিংদো।
ইনুং ঙালে হায়বদো উক্লরেদো সেনুনা—
"কম্নো মজাইবেম্মা ইনুংঙালে কমদোনি।
ননাইশিংদি অয়াম্বা হৌগৎমরে য়েংবিয়ু।
পম্হো 'বুংঙো লেংখৎলে পলেমশিংমু থোক্কলে।"
ৱারম অসি হায়নরে মপু মনাই তানরে।'

নাম্ব ইয়োংশংহুদা খুমন অহুম থনম্মে।
ওত্তা হোৌবা নাওং-ওই, নিংঙোল অনি লৈরকলে ॥
খুমন থাদোকখিনবা নিঙোল উপায় থিখরে।
লৌশিং চাওবী থোইবীনা "সেন্থু ইতা নংচৎলো।
তিকি অসি চম্‌থুনা পুখ্রো তুগা হুজিন্নু,
শগোল শংগী যুমথক্তা" ইজিন্নকলে সেন্‌দা ॥
'চাকপা তিকি অমবু হুঙংজুরে সেন্‌না।
ঙাহাক পুংগোই লৈরগা শগোল শংদ্‌ মৈ হোৌরে।
মৈ চাকলে লাওনরকলে ময়াম চেন্‌শিন্নখরে।
তাপ্পা অহাংবসিদা মাকন থোংদা খুমনবু,
থাদোকখরে থোইবীনা নাম্ব ইয়োং শংদগী
খম্বা কোইনা লাকতুনা মৈদু কন্‌বা য়াওরম্মি ॥



# কাংজৈ

## ১

খম্বা থোইবী অনিনা খংনমবা মতুংদা,
ঙসি কৌবা কোরৌদা কুমজা চহি কাররে।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা সনা থৌগন তৌবদা,
মপুই সংগাই নুংঙ্হদা কুমজা সিগী কাংগী
হংগৎলক্লে অঙম্বা—"ঐবু লোইবা লৈমাবা
মোইরাং 'খোগী হৌনবা কাংকৈ লমজেন অসিমি।
হিয়াং কোনবা য়াদেদো কুম্মে অতৈ লৈতেদো।
কাংজৈ মুংঙাইরক্কবা কুমজা মতম য়াম্লক্লে,
কুমসি সিদি নিংথিনা মুংঙাইনবা তৌকনা!"
মোইরাং নিংথৌ মপুনা—"য়াম্না চুম্মি নোংথোম্বা!
অহুম অসুক ওইবদা ইনাও মতৌ য়েংবদা
মুংঙাইতেনে ইবুম্নে অহুদগী হায়র্বনি।
ইনাও' ফবে হায়রগা ঐদি কৈস্থ হায়দেদো।
ইনাওতোনগা তানরু" হায়বিরক্লে নিংথৌনা।
মপু চৈরাপ চৎতুনা হংগংলক্লে নোংথোম্বা—
"যুবরাজ তাবিয়ু কেগে লৈপাক অসিবু,
কুইরে মতম ফনদি। অঙাং ওইবা চাওরকপা
য়াওররিনি কয়াম্থ, পানা কাংজৈ অসিবু
থরা কুম্মৈ মুংঙাইনা তৌসিগব কুমসি-সে"।
যুবরাজ—'চুমইদা! সিদা, ইপু! ঙাংনিংদে!
কুমজা অরেং সুরেদো ঐনা পোরকইবনে।—
নোংপোক চাক্লে থাং-গোনবী, ময়া চাক্লেং পানবা থাং',
পোইন্নু চবী থাজদা লোইমোম কৌরোই মঙাংয়ে,

খুদাপ কাইরং থাবগুম থারকপদো নোংবাল্না
খুন্থক মচা মখৈবু; মাহু ঐনা য়েংনিংদে।
সিনা পানা কাংজেদো ভৌদ য়াদে হায়বগী;
লৈপাক নিংথৌ পানবগী ভৌগদবা মঙাইদো।"
তাকপিরক্লে চিংখুবা। মোইরাং চাওবা অঙম্বা, —
অকাইবদি কোন্দুবু লাংদাই-য়েংনা শৌবগুম,
তোনৌ লংজা লংঙংনা চরৈ কীরাক তাইবগুম,
নপুই পুক্লিং অপুম্বা অথোই অহেন ককতুনা,
লেপ্লে, "কাংজৈ শারনি কুমসি কৌবা কুমজাহু" ॥
নেগে কাংজৈ রাকমসি মোইরাং লৈপাক তারক্লে।
কংজৈ পাওসি খমন্নুম্ব মাংওইনবা তারকই।
পাওসি তাবদা খমন্নু মহুনিংথৌ য়েংহুনা—
'খুমন নংবু ইচেম্মা নোংয়াই পিক্লিভৈদদি,
রাংদেদো অঙুক্তি। ভরা-চনি-রহুনা
থাকপগীদি রাবদো শাকৈ হুনা খরহুম্ !
খম্বা পাংগন চাওরগা রাবক্লেদা ইবুংঙো !
য়াওরুখিন্নু শাজোবা হান্দক কাংজৈ অসিদি।"
থামজরকই মচেম্মা লমজা গৌপুবা 'হুবু ॥
খম্বা মবুক নিংদদি য়াওগে য়েংগে নিংঙকই।
মচম' চিন্থক অহুদা ভাংউবদি ঙমখিদে।
খুমন মানা খুরমমি—"মংনা প্রাপ্পু পিবিন্নু,
খুমগে য়াওরোই হাইহুনা লাইরবিদি ইচেমদা,
ঐদি যাংগে য়েংগেদি নিংজরিকো ইবুংঙো।"
হায়বহুনা খম্বনা নীরে থাংজিং লাই-হুদা।
"পল্লেম শেম্বী ইচেম্মন! চংচরোইদা য়েংজোইদা"
খুমি খম্বা মচেমদা চংকে হায়দুনি ক্লিঙখা ॥
নেগে মোইরাং লৈপাকতি কাংজৈ লাওনু খুংথরে।

কুমসি কাংজৈ অসিদি থ্বনি চাওবা হেনখরে ॥
চিংখুবনা মুমদাংহু চৈরাওগী য়াকুপ্লে।
চংজকরই থাদোইদো মপায় মশক উবদা,—
"ইপাইবুংঙো করিনো ওসি কোরৌ অসিবু,
কম্বা সনা পুক্লিংদা মুংঙাইতবা লৈবনো ?
কোরৌ খুদিং নচাগী কংলা তাওজিং হায়রুনা,
থুংলবগা পিবদা ঙসি পিদে পাবুংনা।
মুমিং খুদিং মায়দে কবিগুম্বা"—হায়রকই।
মচাই মরা তাবদা—"নুংঙাই ইপা তাবদা,
ইপা থোইনা রাদেদা অকুবম্ মনত্তে।
খুম্বক খুথায় কাংজৈদো কুমজা খুদিং খুদিংদা;
থোইদো নপন্ পানানা। চ়ংি তরেং মুমকলে,
পোৱ ইপায় পানামা। নোংবান হায়বা অসিনা,
হেথ্মনখিবা অসিমা পাবা ইয়া যাদবা।
খংইগনি নহোয়ন্সু ঐগীদস্যু লাকলম্মে।
লৈপাক নিংথৌ পানবগী শাসনদদি য়াদেদো।
সিগী ইপায় পুক্লিংসি কয়া থোইনা লৈতাদে।
অসিমকপু ইপানা নংবু থিবা রারমদি
রাগীদবু হায়বনি লানবগীদি ইপানি।
পাংদে যত্ত্রে হায়রুনা ছন্দোকপদি তৌনুসি।
নিপায় বোমনা হেন্সমু, ইপায় পানা অসোমগী
ইমোম পোকলি হায়রুনা। মাইকৈ সোমদা লৌহৌসি।
পাংদে হায়না তোকতবা, ইপায় পানা শিংহুনা
তুমকসু তুন-হুম খুম্বক ইবুং ইপ্রাশা—
রাররিনি রাম্নকো' মুম্না অতুক হায়রুনা,
হৈরাং লৈরাং অর্মনি পিজরিবা, থাবিক্সা।
মচা মনাই খোনবদি ইপায় ইচায় ইমারনি।

প্রজা পুক্নিং থৌগৎপা য়াম্না ফবা খঙকনি।—
কেগে কাংজেইবুংহূদা প্রজা চোম্না তিনবশ
লাইজ তাবা থম্না ওই চুমথাং ওইনা সেম্নুনা
চোমংলৈনা-পে-হূনা থম্না খেঙ্লোং শক্তুনা,
মহি তাওজিং হৈওইবা মপাল শিংজেম লৈওইবা
লৈরাং থম্বাল নদোঙ্গুম নংনা কাংজৈ য়েংউনে!
খোকউ হন্দক্কী কাংজেসি নং করি হায়বগে?
থোকহল্লিংই ইপাদি”—তাকপিরকই চিংখুবা।
থাদোই সনা পুক্নিংদা ভরেং তম্না থল্লগ।—
“থোক্কে পাবুং চুম্মিদা হন্থরেদা পানাপে”
হরাও হরাও য়াজরে মপাবুংগী য়াথংদো।
“হৈনা লৈনা নিংথিবা পুসেম্মুকো সনাহন,
মরাং কাইনা পিনৌকো প্রজা মবুক পেম্নবা”
অসিমক্তু তামরে। থোইবী লাংগে হায়জরে॥
সেম্নু মপু মনাইদো ইম্নুংশোইবা তানরে।
“কম্নো সেম্নু অচামবী, থোইবী ঐগী ইখুৎনা,
কেগে মোইরাং নিপাদা কম্না হৈ-লৈ, পিগনি।
পাবুং য়াথং ওইবগী হিক্তোকসিস্থ কদায়নো।
থমং খোংগী ব.শক্তো কাইবা য়াদে ঐহাক্তি,
মানা য়াওবিরভুনা মানা মমায় পাকহূনা;
লৈরাং পরেং থাজবা কাইদে অহু ওইরদি।
কমদোসিগে অচানবী” হায়বিরকই সেম্নুদা।
“থমং খোংগী হায়বদে” কাওসিন্নেদো সেম্নুদো!
“খুমন মাবু হায়বলি—” তাকলে থোইবী জশেংনা।
সেম্নু—“মচা ইবেম্মা! য়াম্না চুমই। অসিদা,—
থারক ওইদো মচেম্না”—ভাংনৈ মপু মনাইদো।
থাদোই সনা পুক্নিংদা ক্ষুম্না চিন্দি থোক্কনা;

"খুমন্ কাংজে য়াওহল্লু, ঐনা নিংবা খুংজগে"
হায়না লাইবু খুমখি সতি পুকচেল তিংলকই ॥
ইমুং শোয়া তৈরকলে—য়াবু ওংলে উত্তারে
চরোই তেতু খোংলকলে ক্বাকী লাম্বাও চেন্নবলে,
ছইথৌ লাবা চি-ফেংলে, লাইরেল লাবা য়াওল্লে ।
লৈরক কাম্বা শল-লাওরে, শাবন য়াংবী শন-গিরে ।
ওক্লেল লাবা খবোম্বা খুমল লৈদা কাওরক্লে ।
কেগে খুজেন নিপাম্নি, মোইরাং লৈকাই মাপম্নি,
খুঙ্গং তরা নিথোইনি, মোইরাং লায়াং মাপম্নি।
মোইরাং লাশুং তরাদা, চাওগ-চাওই মথক্তা,
মাওবী ফোপ্ চন্ খাবা-হা, পাম্লিবদি লৈপাক্নি ।
শাংগ শাংই মথক্তা থাংজিং চিংশা মাপন্দা,
হোগাইহুনা তারিবা । ময়ুম মোইরাং ভাংখমগী
কনা হিরৈতবনা, সমু খোংনা কুমহুনা,
খম্বী মৈরোনবিবা, পোইরৈতবু থিবনা
রাওম হাইদোল লোম্বনা কেগে মোইরাং মকোই।
য়াংলোতাক্কী চেকয়াদা মপান মুংজেং' লোম্নবা
মপান কাংজৈবুংহুদা মোইরাং লৈপাক তিনখরে।
তরা চওন্ চানখি লাংনবনা লোইখরে ।
লৈপাক ফিঙৌ ফৌখরে কাংজৈহুগী দমক্তা ।
লৈপাক তিনবা লোইরগা মজাইবেম্মা লেংখোকই।
মুপী মকোক ওইহুনা নিপাগীদি মনৌদা
চোংদম লীন্দম থাহুদা তমক্তা য়াইরং য়াইগুম্না
ক্বম্মে সনা ইবেম্মা সতী ওইবী থোইবীদো ।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা—"লেংখোকসিদা ইবুংঙো,
মোইরাং ঐথোই অসিবু নিংথৌ মচিন মনাওগী
অম্মুং লাংগী চোংবনি কনা'মগী এস্তেদো ।"
হংলক্লরে চিংখু'দা । "য়াম্মা হুম্মি অপুম্বা !

ঙসি কোয়ৌ অমিবু হকচাং চাম্না ওমেনে."
হায়বদুনা লৈহৌরে। চাওবা যরে হায়দুনা—
লৈপাক পুমম্ব মুরগা থুংজে কাংজৈবুংদুদা ॥
মোইরাং লৈপাক অদুদা অঙন্দি কয়ানা—
'মপু লেংথোরক্করি নিংথো মচিন মনাওবু,
দুনা কাংজৈ হৌদরি ঙাহরিবনি" লাওয়কই। -
"নিংথিজৈদা কেগেশা! ঙসি কেয়ৌ অসিদি
সিমৈ যুবরাজদা মপু সনা চোরোম্না,
দুবু সনা হকচাংদো ইরে দুনা তৌবনি।
কাংজৈ হৌবা যারনি. হৌরসি"—দি হায়দুনা
হেয়ে কাংজৈ অদুবু মুমিং যুংবা মতুংদা ॥
কুমজা খুদিং কাংজৈ দৈ মযাই কাবা হেল্লিদো,
অঙোম নোংবান কোংযম্বা ঙসি কাংজৈ অসিনা।
থাদোই খম্বান মানবীনা লেংথোক্লকপা অসিদা।
নোংবান মাবু যেংবদা থাদোই মিথলৈ মাযমৈ।
থাদোই মতৌ অদুবু—"মুপী লক্ত-খোইবীনি,
মিপা লকতা নোংবান্নি নোংবান ঐবু পামদনা
পামগদগে কনাবু মজাই-বেম্মা থোহবীমা।
ঙপাম্বগী হৌনবা মুংশিবগী গুণ-দুনা,
মমাথ পুবা ওমদরে নোংবান ঐবু উবদা!"
অশংবম্না নাপন্দা মাগী কাইদোং ফংদুনা,
নোংবান মযাই কাবনা কাংজৈবুংদু থুমখরে।
গা পাবা যাবদি মোইরাং খুন্নক অদুদা;
মোইজাম্বা মাদনি অতৈ কনা লৈরমদে।
ংবাম ইখংলকপনি। নামোই জাম্বা মিপাদি
পাংগল লেপ্পবদি ওই। ঙসি কাংজৈ বুংসিদা—
কাউনী তৈজা মরক্তা শামু লমশা চংবগুম

খুন্থক কাংজৈ মোইরুবু মোংবান মাপা থৈবক্লে।
মামোইজাম্বা চংলক্লে খুন্থক মচা তুখয়ে॥
কেগে মোইবাং নিম্নবা খম্বা তাবে নাকোংজা।
মাংগোল লাংদা কম্বদো,—"ইদু শিংথৌ চংউদা—
লমজা খোইরাংনবনি" খম্নু মামা তাক্লিল্লি।
"তোল্লিদকো ইচেক্কন লমজা মপোক হায়বসে,"
শোল্লি মচেম খম্নুদা ঙম্না ঙাংনৈ অনিদো।
খুমন মবুক অতুদা চংনিংখয়ে খম্বদো,—
"চিংউ লাইও কৈদোগে লমজা ননাই ঐহাকপু,
মোইরাং কাংজৈবুংহুদা পুবিযুবা অমুক্ত।"
খুরম্মকই লমজানা। উয়ে মাতু থাংজিংনা॥
"কেকু ফোং ফোং-ফাওবগুম ফাওহল্লগে খম্ববু,"
খল্লহুনা থাংজিংনা—"খুগা চংবি লৈতা-পোক,
কাংগু লৈহাও পোকপী লম, থাংনৈ মাপল থাম্নুম্না
বা-ঙল্লিবা লমদম দৈ ম্নাংলৌ মদোম হৌরকপী!
কোয়রেল লৈম কৌরবী! চংলুগবা ইবেম্মা!
লাইরবীদি খম্নুনা মতুনিংথৌ অসিবু
কোম্-শেন্বা লিল্লবোপকুম লৈরিবসে সেন্দুনা
পুখোকউনে ইবেম্মা! ঙসি খুমন মাবুদি
য়াওহনসিনে কাংদৈসে।" তাকপিরক্লে থাংজিংনা
কোইরেল লৈনা কৌহুনা। লাক্লে কোইরেল লৈমদো॥
খম্নু মবুক অতুদা কোইরেল লৈম চংখ্রে।
"ইহু নিংথৌ ইচেমদি লাইজ ইপাল লাংউগে,
পেরুক পেদাই খরম্ হেকউগেকো ইবুংঙো"
হায়রহুনা লাইরবী পুল্লাং খুহতা পায়হুনা,
খুমন চনু থোরক্লে নোংমাই থনল্লবনা।
খুমন খম্বা থোরক্লে নচেন হেক খোকখিবগা।

তাকতে হায়নি নান্দ্ৰ... ... ... বম্মা!
ঐরি চংদে" লাওকখি। থবম্ন নাম লেন্দানে।
মোইরাং লৈপাক তিন্নুনা শানখিবা কাংজেদো,
খুমন মাম্ব য়েংউরে—লাইর কোমম্বে কনবনা
হেন্জিনবদি য়াদম্বে খুমন তোম্বা কম্মরে।
কাংজেবুংগী চিংথেদা চান-লাংথোং খাম্বুদা,
ইরাম থাংপোক মথাদ; সূম্না য়েংই কাংজেদো॥
লৈরাং থরো কোৌবীনা থাজ মায়থোং ঙাইথগুম্
চিংউ পরৈ চেংমদি ঙাইরিবনা থাদোইনি।
নিংখিবনা কনবনা উখি খুমন লাকপদো॥
"ওয়ুম সেম্নু লাকএনে।" হায়নখিদো অনিদা।
"ঙসি কোৌবা কোবোৌদা থাংজিং লাইও লাইনিংথৌ,
যাওহনবিয়ু কাংজেসে ননাই লমজা অসিবু।
লমজা মমাম্ন পাক্নবা শিনবিয়ুদো মহাক্না।
লাকপদি চহিদা কংকে কৌরান মথোন্দো॥"
নিরি সতী মহাক্না লমজা মাগী দমকতা।
সোমদা খুমন উবদা নোংবান কাংজে মশাক্না,
খুংহন্তেদো খম্বদো খুম্বক মাগী দমকতা।
মবেন নোংশা মচাবু শরংলুংদা খম্বগুম
লাইর পোন্সুম লুংতুদা খুমন গুত্তি লৈথিদে।
খুম্বক মচাশিংচুনা খুদৈ, কাংজে মতোন্দা
হাপকৎলগা লাওরকই।—লৈপাক 'ঙম্বা অপুম্ব,
মোইরাং নোংবান য়াম্বসে মীবু য়েংবা লৈতরে,
কম্নি হাযবা মতানি শিবা তারে" হায়গুনা॥
মোইরাং চাওবা খোংথোম্বা—'হায়! নোংবান তাবম্না হায়!
লুংঙাইনবা শাম্নোনা! কম্নি পংতৌ তৌবগে!
কেগে লৈপাক অনিদা নংদ-মঙাইরবয়া!

নচিন ননাও ওইবগী ফজদেকো হায়বগী,
খোক্তবদি খংদরা ! ফৈরোইজাম্বা লৈখিনা !
করি পংতো তৌবগে।" হাকম অদু জাবদা,—
"হৌনৈ শামরবদি অঙম অঙম থেক্লবা"
খুমখি নোংবান কোংয়ানবা মোইরাং লৈপাক শাংহুদা॥
খুম্বক নিপা অমনা কাংক্রম খুনবা লাকপদা,
মজাইবেম্মা থোইবীনা ফম্লি মাইকৈ অদোমদা
সনা মাংদা শম্লকই। থাদোই কৌশিল্লহুনা—
"মোইরাং ইবুংঙাইব-ও ! ঙসি কাংজৈ অসিদা
নচিন হেনগে খল্লবা নরাই লোংগে হায়র'দি
কাংজৈ বুংগী চিথেকতা ফখিরবসি উবরা ?
নিপা অসি য়াওহল্লু। হায়রু ইপু চাওবদা।
ঐনা তাকই হায়রুনু। মোইরাং নহা মচানা
হায়রু উজরকপনি ঈশিং থকপা চংপদা।"
তাকপিরক্লে থোইবীনা। হংগংলরে চাওবদা।
'খুম্বা তাওজিং পাও অদু তারবদা চাওবদো,
হরাওবনা চোংখংলে। চাওবৈ য়াথং পুহুনা
লাক্লে কেগে নিপা—"মোইরাং ইচিন ইমাওবু !
কেগে ঙম্বা অঙম্বা চাওবা মাগী য়াথংনি।
কৌরি চংসি" হায়রুরে। খুমন মানা—'তাদবু,
ইয়াম্বনা ফনবা হংগংপিরু, ঐহাক্তি
ইফী ইরোন মোংপদা চংবা মতিক চাদরে"।
হায়রুরগা লাইরবা মিংতা পিবু তাদৌই।
য়াদ্রে নিপা অহুনা, হৌজ হৌজ হায়জরে।
মপু য়াথং ওইবনা খম্বা মাবু পুহুনা,
তাবোক তুংদা কোইহনা লক্লে নিপা অহুম্বা॥
খুমন মশক উবদা সিবু মাল্লি হায়-ফাওবা,

খংখিদরে চাওবদো, কাংজৈ সুংগাইতব-মৈ ॥
খম্বা চংশিল্লক্লা খুরমজরে চাওববু
চাওবা'—"মোইরাং নংবুনি; করি লমদা লৈবগে !
নমিং করি কৌবগে কম্মো হায়রু তাসি।"—
"ননাই ঐদি আদগী পাং অনিগী তাইনবা
মরক সিদ লৈজ্জেদো"—খম্বে মবা তাখদা—
খুম্থক মচানি হায়বা খংঙে চাওবা নোংথোম্বা।
হুদা কোংগাই হরাওরে কাংজৈ' ভাবতা তৌখরে।
খম্বা মুর্ত্তি উবদা হবাওজরে চাওবদো।
"ননাই ঐদি খুমন্নি" হায়রকপদা নোংথোম্বা
নিংশিংলক্লে মতাওবু পুরেম্বদি কৌববু।
"নচিন ননাও কম্বা ওই নমিং করি কৌবগে ?—
লৈজৈ ইচেম অমতং লমজা ওইবা ননাইনি,
ইচিন ইনাও লৈজদে।" মাহু হেক তারুবদা—
শোইদ্রে হায়বা রাখনদো মোইবাং চাওবা লেপখরে।
নাহু যোবকপাহুদ হায়রক্লে, ইবুংঙো !
লমজা নংগী নমিংদি খুমন করি কৌবগে ?"
হায়বল্লগা চাওবদো পায়ম-নুংবু মৌরকই—।
খুমন মানা —"ইমিংদি, মাওবেনতোন নোংয়াইতো-নে,
তবেং তরা সুবদি ননাই ঐগী ইমিংনি।
থাংগৈশেংবা ইমিংদি খম্বা কৌই ননাই ঐ।
ননাই ইচে অহুনা খমনু কৌই অওম্বা !"
নোংযাহ মবা তাবদা ওম্বা পুক্লিং অহুদা
লাইবক খুতুম সুহুনা "এম্মোকপনি" খনখরে।
"পলেম পম্মৌ কোলোইদি খুমন করি কৌবগে ?"
হংবিখবে অমুকা। "মোইরাং লালোই কম্মাইবা !
পলেম পম্মৌ শিংহুদি ননাই থংজমরেদো।"

খুমন্রে খুমন মহাক্না হায়্র হায়বা য়াদরে।
মমৈহ্না চাওবনা—"কাংজে য়াওদি হায়খবু,
য়াওনিংঙেংঙাইত্রা ইবুংঙো!" খম্বা মখুৎ লোম্বরে,
অমুক হেন্না সুংঙাইতে—"ননাই ঐবু অঙম্বা,
য়াওজনিংই অহুদা ইকী-ইরোন অসিনা,
পানা তিনবা অসিদা ইকাইজরে ঐহাকপু।"
বারম অহু তাবদা—"করি য়ানো খুমনও
ঐন্না পিনি য়াওদ-য়াও।" হায়রহ্না চাওবনা,
চুম্ব্রে মপান মচুনি চরৈ খাংচেৎ অমবু,
"অসি সেৎলু"—হায়ত্না পিন্নবিরে খম্বদা।
তৌনরিবা থৌদৌসি থোইবী উক্লবত্রুদা,—
সেন্নু মানা হি ওইরে, হোন্দে হায়বা মঙাইরে॥
চরৈ খাংচেৎতুনদি মমন য়াম্বা ওইবনা,
হোংগদবা অত্রুদা পল্লে নোংয়াই ঙাহাক্তুং।
"হোংঙো কৈদৌরবগে?" চাওবা অমুক হাইরকই॥
ননাই ঐবু অঙম্বা লাইরবা মচানি,
ইমান্নবা থেংনবা হোরেম চিংন্নরকপদা,
মমন যাম্বা ওইবনা মপুই চরৈ সিনদি,
সেগাই তোইগাই থোক্লগা, ননাই লমজা ইচেমদো,
লৈজদেদো লাইবক্রে, শিংবা ঙমদরবদি,
মীনাই ওইনহৌরনি ননাই ঐবু কিজরে।"
হায়রে; বাসি তাবদা চাওবা মিৎলু অনিদা,
শিন্থখরে পি-অদো। "করি য়ানো ইবুংঙো,
চিংন্নরক্লু নবুক্তা লোজখরো চরৈদো।"
হায়রে। চরৈ হোংখরে। চোপ্প-নম্ভে খম্বদো,
লাইরবগী তমথিবা অমম্বদি লৈচিল্লা,
মুঙ্গবগী থম্মোইদো হায়রবনি হংবদি॥

খুমন মাগী কীমনদো চাওবা ইরেল্ লৌশিল্লে ;
কীমনহুবু য়েংবদা চাওবা লৈবা ওম্নখিদে;
মমিংতগী মপীদো খাম্বা ইঙম ওম্নক্তে ॥—
চোমগী চংবী লায়োন-থোক খোইবু নৌবা কুচুনি,
তোনৌ-লংছুম মওংনি খুবোম, মক্তা য়েংবদা।
য়াংলেন লাইগ য়েংবদা নোংথোংলৈমা লংচাক্লি,
মোইতাং-তরেং ময়োৎকুম চুম্না কবা শাবান্দো।
শমজি ছুক্ল পুনবনা ইকা থাগী লুনিংনি।
খাগেম্বগী কেমাংদা, মোংয়াংওম্বা কৈনিংদা,
মনিক্ এংগম মশান্দা কাকনা কৈন-তোংগুম্মি ॥
ফিজিন কিনার চল্লবা ওবোং খুদৈ অমগা,
নোংয়াই মানা য়েংনবা পিনখিরে চাওবনা।—
কবো নিংথি তোরবান্ নোংখোং ফুম্না হৌবনা,
লাইজ খিক্লেন তাখিবা। মালেম মুংদা লাইজ চং,
লীল্লা লৈবা য়াখিদা লৈঙোই সেকতা মথক্তা
তাংজ মানা খোকপদি—লিন্-শিং অহু উবদা,
যাহোং জগোই শারকপা মমৈ নিকনিক হাইগুমই,
খুমন খেলৈ অহুদা ওবোং খুদৈ অহুগী,
নিংথিজবা মনানা তারকপনি মওংদো ॥
চাওবা মানা য়েংবদা পেঙখরে খম্ববু।
"নোংচুপ থংবা সোমদগী নখুৎচাবা কাংজৈদো,
খম্বরো ইবুংঙো।" তাকপিরেদো চাওবনা।
খুমন চংশিল্লক্লনা—খম্বরক্লে কাংজৈবু
অমা লৌই হুম্দোকই ; মুকই নোপই থনম্মি ;
অমা অমুক লৌখংলি অহু-মহু মনোপই।
তেল্লি পিকই মুংঙাইতে নোংয়াই লোইনা থনম্মে।
মোইরাং লৈপাক অহুনা ওাংনৈ—"কৈলো মাসিবো,

কাংজৈ য়াওগে হায়দেনা কাংজৈ হুন্দোক'লাবপোইনা ॥"
খুমন লৈনা য়েংবদা ফৈরোইজাম্বা মবাইনা,
থাপ্তক ফম্মিবহুদা মবাই মনাক অদুদা
লৈবা . কাংজৈ লীতোমপোক খুমন মানা উরক্লে।
খুমন চংশিল্লকতুনা মবাইহুবু খুবম্মি
"ননাই ঐবু ইয়াম্বা। কাংজৈসিবু অমুক্তা"
হায়জরুরে খুমন্না। "য়েংউ—য়েংউ ইবুংঙো !"
তাকপিবেদো মবাইনা। খুমন যেংই কাংজৈদো
চারে পেল্লে কাংজৈহু। ফৈরোইজাম্বা যেংহুনা—
"ননাই ঐবু কাংজৈসি রাইজগেনে অমুক্তা।"
ফৈরোইজাম্বা—"ইবুংঙো রাইবা নত্তে লৌজবো
ঙসি কাংজৈ অসিদা নিংথিজনা অমুক্তা,
নংনা শান্নবিয়ুকো। নোংবান হাযবা ঙকচাওবা,
ঙকচাও থেকপা নিপাসে, ঐ ইতোপ্পা পোকপনি।
ইচিন ইনাও ওইবনা ঐদি পাবা য়াদরে।
য়ারবদি মঙক-সে থুদেক-অম্মু অমূক্তা।"
হায়বি। "কৈদৈ তাদবু! পাংজদবা ঐহাকনি,
'য়াম্বা নংগী কুপ্পানা মাগী মতুং ইপ্পবা,
তুগী মাখে অদুদা লাইনিংবিয়ু তাদনা" —
হায়রহুনা খম্বনা মবাই খুরম্মল্লগা,
কাংজৈ সিনবা পানা-না খুমন মাবু পুহুনা
হাপ্তে হুন-ক্কম পাংহুনা নোংবান মানা লৈরিবা
চংলক্লেদো খম্বাদো লমদম অহু পাংহুনা ॥
কাংজৈ শান্নব্রিডৈনা মোইরাং খুম্বক মখৈদো,
'নোংবান পাদৌরিবনি' হাযবা উবা মক্কদা, -
ক্যোরৌ মৈশা লাংলবা লংকৈ চংপ্পা নিপ্পাগুম্ব,
খুমন পামেলউ কমদা লোইনা পোংথানখরে ॥

মনম ফবা লৈরাংবু য়েরুখুংতা পাইনম্মু,
মীচং মীখাই নাইদনা হুংশিবগুম খাইহুনম,
খুমন মতৌ উবদা পেল্লি মোইরাং লৈপাকনা।
অরাং কৌক্রু লোকমাইদা কোরৌ নোংমা ঙানবদা
ইমুংশোইবা চাকতাবা লাংগোই য়াতোম পোকশিংনা,
নাতোন ফৈনা পুহুনা লাইবক লৈঙাং তৈরগা,
"শামান্নবা য়াওবরা লাম্মান্নবা লৈবরা;
য়াথিন্নসি থোরকউ" অমোম হাকন্নবগী
খেরু খোংবা শাগুম্বা শমু মানবা খম্বদো,
খুমন চংসিনখিহুনা নোংবান মাগী মায়োক্তা
হান্তে হুনকন হুমক্তা লেপউরেদো শাজৌনা ॥
কেগে মোইরং লৈপাক্তো পুমনিন ওইনা নিনখরে।
"কনা নোহায় কনানো য়েংউ য়েংউ নিংথিদা,
করি থোক্লরগবা চারে চারে ফজৈদা।
নেকউবরা করিনো? খুন্থক পানা রোমদগীনি।
কেগে মোইরাং লমদমদা উদে মিপা অসিদি
খুনেক মক্তি য়ানদে কম্না নেকউরিবনো।
সিবু মোইরাং মচারা! খুনেক য়াদে"—হায়হুনা
য়াওই লাওবা কাংবুম্থু। "য়েংউ য়েংউ" হায়বনা,
লোম্ন-ফোংনা কম্নানি চাওবা কিনবদগী।
নোংয়াই শক্তি খংদবা খুজিন্নদি চাওবৈ. ওই।
শাওই, কিনৈ, চিংনৈ, হরাওই, পেল্লি, সুংঙাইনৈ,
ঙসি কাংজৈ অসিদা মোইরাং পুম্নাং লাংখরে।
খুমন কাংজৈ থোক্‌-অমৃদাই ঐগী মীগী নাইরমদে,
মায়কৈ মরি স্নুনবা খুদম্নমই অঙাংনা,
হৃগী "বর" হুমক্না মরোন অমা নিম্নরি ॥
নোংবান খম্বা উবদা—"অহন ঙংদি কনানো?"

"ঐনি নং কৈদোগগে ?" খুমন খুমই নোংবান্দা।
"হে! কৈনো নং হায়না !"—'নংবুদি নং হায়দদি,
নংবু ঐহায়' য়াবরা ? নংনা হায়দি' য়ামগা,
ঐদি কন্নিগী য়ারোই !" খুমই খম্বা রাংতনা।
নোংবান খম্বা য়েংছুনা—'নং কৈগোবা লাকই ?"—
'নংগা পাগে লাকইবনি, নং কম্নি হায়না খংই ?"
খুমই খুমন মহাক্লা। ৱাত্তা মাম্নবা ছদা
নোংবান হন্তক হেক চাই। সুভাই, তারি' খুংপুদো।
নোংবান লাম্বা পাবদা খজিকতদি মোপ্তবা
ইনৌ নৌনা চংলকপা খুমন ঙংত্তক (হেনবা) তারবা
ৱাঙাং 'ছু হেক তাবদা—খুম্বক মচা তরুক-তো
থৱাই তরা সুখরে। খুমন থানা তরেংনি ;
নিপা তরুক অহুমা অতৈ লাম্বা তরুকতু
মিৎতা থাকপা থুপ্তগুম উংৱাইগুম্না উরক্লে।
"নহান মখৈছুদবু নোংবান হেম্মনখিবদগী
য়াদবনি হৌজিক্তি খংগনিদো ঙসিদি।"
নিংলে মবুক মবুক্তা খুম্বক মচা মখৈনা॥
কোরৌ থক্তা কাংক্রুমদু হাক্তে হায়না ছুঙংখ্রে!
তারকইবা কাংক্রুমদু নোংয়াই মোংবান য়েংনখি।
কাংক্রুম অদু নোংবানগী কোক্তোন তম্না তারকই।
ফংগদোবা মোংবান্না শা অমা ৱাংলিঙৈদা,
খম্বা মখোং য়েংনা থিল, খুহুপ তরেং চোংখৎলে।
নোংবান কোক্তোন ছদগী কাগ্রে কাংক্রুম খক্ষা।
নোংবান মানা খনবনা—য়েংৎতা থিল্লি অহুনা
য়েংক্তা-লৈগ্রে হায়তুনা খুনম ফাগে হায়তুনা,

নোংবান মাপী ওইদুনা খিঙিঙৈদা নোংবান্না
খুমন ওইদা লৈহুনা কাখিবনি কাংক্রমদো।
কাংক্রম অদু পান্নদুনা খুমন্না লৈথরক্লে।
খুমন য়েংগদবনা অমাং পাঙন্ ফমদনি।
কাংক্রম খুৎতা পায়দুনা পাঙনকম লোমদা ঐগী
চেক্লিনবদি চোপইদো হায়না খম্বা খন্দুনা
মখা পাংনা খম্বনা চেল্লি লৈ-লৈরদুনা।
মোংমাই কাগে হায়দুনা নোংবান মানা তাম্নবে।
তিংনা খোযনা চেল্লকপা খুমন খরা ওৎলগা,
নোংবান চুবা মপাদৈ, কাংক্রম অদু খোঙংক্লে।
সুন্দু তৈবা কাংক্রমদু উফুল ক্ল্যাং হেক হৌরকই।
মোইবাং কাংজৈ যেংবনা-"খম্বে কাংক্রম থাবদা,
নোংবান চুবা মৈহৌরে" ভাংনখরে মাদুদা॥
অমাং পানা কাংক্রমদু ফৈরপ পাইখৎলক্তনা,
মচাইবেম্মা থোইবীনা ফম্মিবদি চুমক্তা;
যোবে। মতম অদুদা, নোংবান তাম্নরক্তুনা
থাদোই মমাং চপচানা খম্বা খাংদা ফাথরে।
খম্বা মাবু মোংবান্না খুদোং হাইবু পুবক্লে।
অনি কাংজৈ উবদা লৈপাক ময়া কাথরে।
খুমন মানা খুদোংদু ভকশম য়েংবা কারক্লে।
খুমন শোইবে হায়বসি মোইরাং চপ্প মান্নখি।
থাদসিন্দু য়াদরে-'হখা পকলা উকক-কুম
খুমন মানা নপখরে। উমে খুমন মহাক্না-
শেৎপা য়াম্রে হায়নদো মোংমাই নাম্বরকপনা
খুদোন লৈপাক ফংবদা হিকথখরে খুমন্না।
কন্দ-হৈত নহেদো খুমন মাখা য়েংবনা,
নোংবান ফীভম চোইরদে। য়েংঙা ওইদা মোংঙকই

নোংবান মাগী ফীভমদো। অতে লৌনা চৎলমোই
উরে খম্বা নোংবান্দো, খংলদুনা শাক্নৌনা,
যুরেম্বমগী চেপচিংদো নিংশিংক্লে শাজোৌতোন।
নোংবান অদু অমুক্তং নোংয়াই চেপচিং চিংলকপা,
থোইবী মমাংদা উপ্রাকননা শিংলরে।
মমাই কুমোল হুথরে। লেমু' "জয় জয়" হায়রকই।
নোংবান মতে, উবদা লৈপাক রাবু লাওথরে,—
"কুমজা তরেৎ নোংবাম্নি মনম্ লৈপাক তাদবা!
ঙসি ভুরে শোইরেদো, খংদবগী মখুৎতা"
কেগে মোইরাং লৈপাক্পা পুম্নিম্ ওইনা নিনথরে।
মুন্দা মুম্ কাংক্রুমদু পায়দুনা লৈরম্লমাল্লে।
নোংবান মান্না ভুবগা কাংদমদু কদোমদৈনো,
থোইবীমতমপাক্কুদা ইতপ-তপ্প- তারুরে।
মুয়া সনা খুৎতুনা খুমন মায়কৈ য়েংদুনা
হুন্দোরক্লে ইবেম্মা। "পাবুং পানা পাম্বোম-ও
লাইরেক্কনু" হায়দুনা থাদোই মানা লাঙহৌই।
নোংয়াই কাংক্রুম পুথরে। নোংবান হৌগৎলক্কুনা
তাম্ররকপা শাবদি কংখিদরে নোংবানদো।
খুমন মানা পাঞ্জন-দু লাইনা অদুন চনথরে॥
খুম্বক পানা হুপ্তুনা চরৈ ফীমা থাবনা,
খম্বা মশক উদবে। হৈনা লৈনা থাবনা,
নোংয়াই লোবা ওমদরে, হৌগৎতরে খম্বদো।
থাবা পুম্নোই লোইরগা অধা পোংতু লৌশিনগ্রে।
ইরে'ই লোইবা অদুদা থাদোই মাবু খোয়ক্লে।
তেনবা লৈপাক চৎপগুম, থাদোই মাবু থোয়ক্লে।
তেনবা লৈপাক চৎপগুম, রাহোং জগোই শাবনি,
থাদোই ফজকম মুদনী খুমন নাক্তি য়োৌখদো;

কেগে মোইরাং লৈপাক্কী মিংকী কুম্মে ওইরুরে।—
সংত্রিক শংবা পৃথি থক উনগী চিংজুম মথক্তা,
সনা মচু ওইরবা কোন্নৌ মঙান তাবগুম;
খুমন মনাক অদুদা থোইবী মাবু য়োৌখরে।
চরৈ কয়া থাখরে হৈয়াং লৈরাং লানখরে।
"পন্থৌ পানা পাম্বোমও! বারমিনি বারৌমু।
নিঙোম হৈরাং লাঞ্জবা নতিক চাদে ইবুংঙো।
মুংঙাইজরে" হায়রুরে খুমন মাগী কাদুদা॥
মুংঙাইবগী মথক্তা মুংঙাইনরে খাইদুনা;
কল্লকপগী থম্মোয়দা কল্লক্লরে মৈ-গুম্না !!
মতম সিদা খুম্বানা পাঞ্জন মঙা লৈরম্মী।
কাংজৈ অমুক হৌথরে, হৈ-লৈ লানবা লোইখরে।
খুমন মাগী মপাম্না খুম্বক মচা থৌগৎলে।
পাঞ্জন মঙা অদুবু নম্‌জন ওইনা চনখ্রে।
তরা মঙা অমুক্তা খুম্বক মানা চনখরে।
খুম্বক মখৈ হরাওরে থোইবে পাঞ্জন অদুবু।
কোবৌদুগা থেংলক্লে। মোইরাং চাওবা মোংথোম্ব—
বাংজৈ তোক্‌ও হায়রক্লে। কাংজৈ অদু লোইখরে॥
কাংজৈ অদু লোইবগা খুম্বক খুম্বা অনিদো,
মুক্না অমুক শান্নরে। খম্বা নোংবান পাখরে।
অনিসিগী মুক্নাসি বাংগোই পুংগোই হেন্নেক্ল
থানবদি ঙম্‌দ্রে তোকহন্নসি হায়নরে।
লৌগী মপুং অমতা চংনবদি য়ানদে।
হৈবা কনব। মান্নবা শামান্নবা অনিনি!
নোংবান মানা খুমনবু লাকচৈ হায়ব বাখনা,
কাংজৈদগী হৌদুনা মুংঙাইতবা হেনখরে।
নোংবান শাওমনখিবজা মাগী দশা ওইখরে।

খুমন মানা মমৈদা বুদ্ধি তাবা হেন্দুনা.
খুজেপ থাংয়ৈ অহুমা থারে মোংবান মহাকপু।
নোংবান মুংঙাইতবনা ইন্দ্রি মৈবু হৌথরে।
'অমুক্তদি হনখিগে" লাওজবকই নোংখাম্না।
চাওবা —"করি রানোদা ! খরা বাংলি অম্মুখো"
হান্না থিংখি চাওবনা। মুঙাইখিদে মোংবান-দো।
মুক্না তসি অমুক্না চরে ফীবু থান্নরে।
খুমন মরেপ থুমথরে—ফংঙে য়াম্না খম্বদো।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্ব খুমন মাবু য়েংলক্লে—
"খুমন ইবুংঙো নংবু তাকউ হায়ু তাসিদো,
পলেম পম্বৌ কোলোইদো তানিংইদা ঐহাক্না।"
খুমন—"ঐদি থংজহৌদে, হংজহৌদ্রে ননাই ঐ।"
তাকওইদবা খুমনগী মতৌ অতু উবদা -
"হায়! লৈতবরা থোকউ। নম্মু মোইরাং মচাসে,
তাকত্রি ফাওবা তোক্কনু মনমদগী মউমসি
মখাংসিদা লোইনা থাও চৈশিং হায়বা কক্কনু।
তাকত্রিফাওবা হেক্তা ফু।" চাওবা য়াথং ফংবদা
দোলাইপাবা তরেংবা নোংয়াই খোংদা নমথরে।
খুংতা কোক্তা কয়ামা নিপা তরা মঙানি।
খুমন ফুনি হায়দুনা লিচৈ চিংগুম পৈরমে।
লৈপাক পুম্বা মিক্লরে "চাওবা কৈনো" ঙাংনখি
মিংথৌ মচা ইবেম্মা! শাওরে সেম্বু থারক্লে।
সেম্বু.— কৈনো অঙম্বা! অঙোম শোকই হান্নদুনা
শাওরবরা ইপুনা! খুদুক মচা অমনা,
নোনা ফাওগৎলকপদা! করি মরাজ লৈদ্রে?
পানা মখেং তারকপা মতম কুইরে হান্নজুনা,
লৈপাক খাইদি হৃমাওমৈ ইপু কঁরি মতৌনো—

থোইবী মাগী মপাও-ওইই লাওজররে সেন্নুনা।।
"সেন্নু চৎলো হংগৎলু নবেন্মদ্দা, তাবরা !
নহোয় মুপীনা খঙ্গেঙাইকো ! লৈপ্পাক নিংখৌ পানবগী,
লৈবি হোনবা হায়বা।" হায়রে চাওবা নোংথোম্বা।
ৱায়ম অহু তারদা খুক্ষম লৈতে সেন্নুস্নু !
মজাইবেম্মা ৱায়োই ইকাই হুংশি য়ামরে।
"তোল্লখরেদা ঐহাক্সে মুপী ওইবা মরম্মা,
ৱাহৈ অসি তারেদ্দো।" খল্লি সনা পুকনিংদা।
খুমন মাগী ৱাবনা থোংবু থাংবা য়াদরে।
কেগে কা'জৈবুংহুদা লৈরে থাদোই পন্দুনা।
খম্বা খল্লি মবুক্তা—"ঐম্না শিদা তাকতরো,
য়ৈরগনি ঙসিদি ঐগীদমক ঐহাক্তি
ৱায়োই মাহু ঙমগশি। ইচেম হুনা ৱাগ্রনি।
ঐগী চৈক্ষম উৱগা পাখৎতুনা শিরনি।
তাকপা করি কাযবগে !" তরেৎ তরা থোকমদি
খল্লে খুম্রন মহাকনা কাইবা লৈতে তাক্লগে,
খল্লহুমা থুমম্না—'তাকচরগে মনাই ঐ'
হায়জরক্লেদো খম্ব। মোইরাং চাওবা অঙম্বা—
"হাই হাই তোকও হন্দোকউ—! তাকউ, হায়্নু ইবুংঙো।"
চংশিল্লক্লে নোংথোম্বা; খুমন মাবু চিংখৎলে।
খম্বনা চাওবা য়েংনা মিংতা পিবু তাদোই.
মখুং অনি লোয়রে—"তাবিয়ুদো অঙম্বা !
ঐবু পোকপা ইপাগী কোলোই মিংছন অহুবু,
নোংয়াই-চাখা-ঙম্বা-খুমন পারেল' হোংবা কৌই।
পলেম ক্লোলোইনা, ঙাম্ব-রৈম য়ুরেল-তোমপোকপী
ফোইদিং লম্মিৎ চুম্বী কৌই; মোইরাং অঙম্বও !"—
চাওবা চোংশিনখিল্লুনা খুমন মাবু কোল্লখরে।

পম্নে কৈরা থক-তুদা চাওবা হিকহিক কপথরে।
কপ্লম্বদৈ চাওবদো বাম্বখরে অহুমা।
মাংঙে মাংঙে হায়দনা ময়াম অহু চংহুনা
লৱাই কোইরেন থক-তুদা লাইজ খিক্লেন চাইখরে॥
চাওবা জ্ঞান-দু লাকপদা কৌই খুমন মচাবু।
শিংলি নাল্লি কোল্লকই মাহুদনম্বু পেন্দে,
চুপই খুমন মহাকপু।—"মাক্লোরেন খুমন তোম্পোক!
তাক্লবম্বু য়ৈরোইদো তাকত্রবম্বু য়ৈরোইদো
খুমন নংবু ইকুন' মুংঙাইরেদা ইবুংঙো।
হায়রহুনা চাওবমা চেক্লা মচামদোগুম
পামা ইল্লি খুমনবু। ফেবোইজাম্বা কৌশিল্লে।—
"পারি ফৈবোইজাম্বও। লাও-সে উববা য়েংউ!—
ঙাঙৌ পাংতা পোম্ব-লৈ, চেংগৈ পাংতা শাংপ-লৈ,
ইমৌ ইবেম্মা খমনু, পোকমিন্নবা খম্বনি।—
থোইনাইজমগী খোয়দোরোন খোম্বনাই উনবু চম্বগী
মপারি!—ফৈরোইজামম্বা!—চেংগৈ-পাংত-পাইবা খোই,
ঙাঙৌ পাংতা চাকতাবা। পুরেনবগী খুংথা হৈ,
ঙাঙৈমা লম-ঙক-হৈ! নসেল্ ইবুংঙো খম্বা।
কাওববা নহাকতে? পোবো লাওনে, নহাকনা!
কেগে কাংজৈবুংসি মাযকৈ মরি কোয়হুনা,
হৈম্মানগে ত্তমুম্দি—খেম্মো লাওনে নসেনবু॥"
চাওবা মানা লাওবদো মোইরাং লৈপাক তারকলে।
"হীঃ হীঃ করিনো; পুরেমবগী মচান্নি,
লাইরবীগী মৌপুরা মোইরাং লমজা অহুন্নি।
খংনরকলে ময়ামদো খুমন মাবু উবদা॥
কপ্পরক্লে লৈপাক্লা পল্লেম পম্মৌ খম্মুনা॥
ফৈবোইজাম্বা মবাইনা—'আঃ! সেলৌক্লেম ইবুংঙো।

খম্বা নংবু ইবাইনা থংউদেকো ! তোনখয়ে !
কৈরোইজাম্বা ঐহাক্তি !” মশেন কোম-কপখয়ে !
পারি পুরি তাবদা—“নিংথিজৈদা ফজেদা,
থাদোই ইত্তিক চারেদো—ঐনা খয়হুম থাংলি”
খওহুনা ইবেম্মা থোইবী মবুক পেনখয়ে ॥
কৈরোইজাম্বা কল্লকই মশেন মশক উবদা ।
মনেম মকু লৈত্রবা অনি হুগী মফমদা,
লানগ্রেদকো খল্লকই নিংঙমখিদে মবাইদো ॥
ইপা মশক খংলেদো নিংজহুনা খম্বনা
চাওবা’ মথোং কোন্দুনা কপখি ; মবাই খুরম্মি ॥
ইপা ফংলে হাযহুনা খুমন জগোই শাখয়ে ।
মশেন মবাই মকুমে প্রেম অহুদা পেন্দুনা,
স্বর্গদগী লাইশিংনা পারিজাংপু চাইথয়ে ।
লৈশক উদে মনমদি কাংজবুংদা নমখয়ে ॥

২

খুমন মানা ফংজবা চরৈ মথৈ অহুনা,
চাওবা মনাই ময়াম থিম্বখয়ে য়োথয়ে ;
খুমন লাইর শংহুদা মচেম খম্‌মুই মখুংতা ॥—
মুমদাংবাইগী কোয়ৌগী অঙাংবদি মঙান্দো,
অঙৌবদি নোংহুনা নিংখিজনা চুমথোক্লে।
ঙাংঙুনবা মঙাম্না মালেম লৈতেংনখয়ে ।
চাওবা মাংদা অনিদি কৈরোইজাম্বা, খম্বনা,
অঙম্বনা ভুংদা থং লাক্লে কোম্মুং ভমহুনা ॥
সনা মাংদি য়ৌবদা খুমন ভুংদা থংহৌয়ে ।
মকু মবাই অনিনা খুমন মাংদা থাখয়ে ॥

মপু লংগাই সুংহুদা চাওবা অমা চংখরে।—
"কেগে মোইরাং পানবদে সুক ফুংঙাইবা কাংজৈদি,
য়েংজদেদো মপুদি ফুংঙাইখরে ইনিংথৌ।
খুংখা পোরে, থোইখরে, লাকচখরে খুম্বকা"
হংগংলক্লে চাওবা মপু সনা চয়ন্দা।
মোইরাং নিংথৌ মপুনা ইশি শিনা নোক্লনা—
"থোইররিনি ফুংঙাইদা ইপু নংগী নরাসে।
নোংশিং খর অত্তুকতা হৌনি শোইরোই মতোন্দো,
থুনা চোংখ্রগম্মিদা থোইজো থোইজো ইপুও।"
থাজদবে মপুনা॥ চাওবা—"থাজবিদ্রেদো—
হোবেন নোংবান লাক্লগা থংবিগনি ইবুংঙো।
চাওবা অহন চিঙ্খিবা ইবা লৌবিরগন্নু।"
মত্থু হেকতি তাবদা খব থাজৈ নিংথৌনা।
"তুদি ইপু কররম্না কনা অমা য়াওতুনা?"—
'মহাশক্তি অমনি লাই অমথক য়াওরমই।
নোংবান থোইসি যাখিদ্রে মমাইদগী খুৎকমদো
উনি হোরেন নোংবানগী। য়েংহৌদবা পাপ-নিদা।
ঐদি লেংসি মহায়দো" লংনরকই চাওবনা।
"তুদি ইপু চৎখ্রত্রা কদায়দগী লাকপনো?"
মশক উনিংথবেদা" হংবিরকই নিংথৌনা।
"চৎখ্রে মাগী মমিংসু খংদে মতা অমনি,
হায়ু তাকউ হায়রবসু য়াদে; মাসি তোকপিরেং—
মমাংঙৈদা চবনগী সেবা তৌবা ননাইনি,
লৈরাংশিংগা পাজগে; কাংখুন মুৎখ্রবদগী,
লৈরাংহুবু কংচগে পূজরকই ননাইনা,
অমুক নৌনা থুমু-হুল লৈরাং মাবু শাৎলরে।
খেংনক্লরে ঐহাক্লা। নিংথিজরে শিঙেন্দো।"

রাবম অদু তাবদা 'কমি লৈনো অতম্বা
ফজদৌবোই নিংথ্রেদা' হায়বিরকই নিংথৌনা।
চাওবা 'ফজখয়েদা" খুমজরকই মপুদা।

চাওবা ইঙ্গিং তৌদুনা খম্বা মশেন মবাইদো,
মপু সনা চরন্দা চোংথোক্লুনা খুবমই।
অনি অদু উবদা মপু গিংঙেং তারকই,
কবম্বনা কনানো মপু লেপ্পা ঙমখিদে।
ফৈরোইজাম্বা মশকতি থংই মপু মহাক্না।
ফৈরোইজাম্বা হাযদুনা কৌবা হুদি ঙমদরে।
অনিস্থবে ঙসিদি ফৈরোইজাম্বা কৌবদো॥

সনা বুদ্ধি তৌবদা রাৎতবদি মপুনি,
খুম্মকপদা থংঙগে খল্লদুনা নিংথৌনা—
"ফৈরোইজাম্বা'' হায়দুনা কৌখিবকই মনাইবু।
"অজ্ঞা'' হাযনা খুমমকই—মাদু তানা মপুনা,
থংলে অমৈ মশক্তি থংদ্রে খুমন মাবুদি।—
'ইপু চাওবা তাকউদা—পাম্নি ফৈরোইজাম্বগী
শমু নাক্তা লৈরিবা অঙাং সিবু কনানো?
পাবি অনি স্নুদবা চাওবা ইপু নংনিদো,
তাকউ তাকউ ইপুনা ইপু নংনা পোকপরা?"
চাওবা "সনা বুদ্ধিদি, নিংশিংবিয়ু মপুনা।"
খুমন মশক য়েংদুনা হন্না হন্না নিংশিংই,
চিংউ মানা খুমথ্রবোই থংখিদরে মপুনা॥
"থংদ্রে ইপু হায়বিবো" হায়বে মোইবাং নিংথৌনা।
চাওবা—'হুদি ইনিংথৌ পাখোং 'শতা চঙ্গে—
'সনরেম্বী উথকতোং চাইসবামা ফম্বান তোং,
হা! নিংথৌদি ভু-কাওবা নচা নিংথৌ শিগনি,

কুক্‌কু-কু-কু খাংলিতং।' সিগী অর্থ তৌবিনি ;
খংবিগনি অদুগা ননাই সিগী মশক্সি ॥"
নিংথৌ-"করি হায়নোদা ! 'হুনা থোইনা ওকখরে।
ঐসে ইপুখোইদোম্বা লাইরিক লাইসু হৈত্তেদো।
'থোইনা ফনা তৌজবা, ভয়হুনসু হৈররোই।
তাকথোকপিরো ইপুনা ঐবু যাম্না খৌরাংলে॥"
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা ওক্তা চবৈ য়েৎশিল্লে ;
মিংলু অনি অদুদা পিগী ইরা হৌরক্লে—
হংগৎলক্লে চাওবম্বা-"ঐবু লোইবা লৈমাবা,
অদুগৈদা তো'বুংদা পাম্ব মণ্ডা চোংথোক্লে,
মপু দোলাই পন্‌মাংদা কনা চোংথোকত্রবদা,
কেগে মোইবাং লৈপাক্না নিংহন্নবা মতমদা !
পাম্ব মণ্ডা ফাখিবা, পেনগ্রত্তুনা মপুনা
তালোই মচা শেৎখিবা। নোংয়াই চাখা-ওম্ব-দি
খুমন-পা'বেল অহোংবা। খোইনাই উনবু চম্ন-দি,
ঙাক্খরৈমা য়ুরেম তোম-পোকপী তালোই শিংঙেন তোম্বী
কাওবিববা ইনিংথৌ ! পুরেম্বা, ঙাক্খরৈম্বা,
লৈচিন থোংনেৎনগ্রবা থবা মমৈ হাইগ্রবা
অনিদুনা থনম্বা শিংঙেম চান্না অদুনি।
খম্বা কৌই খুমন-সি। ওসি-কাংজৈ য়াওররে।
ননাই সিনা থোইবনি। খুম্বক মমাই পাকখরে॥"
চাওবা মবা তাবদা কপ্লে মোইরাং নিংথৌদো,
মনাই খম্বা কোম্পুনা মিংসা থম্বান মানবদা,
তরং লাইজ অদুনা—মুক্তা পরেং তৎতুনা,
মলেম থক্তা তাবগুম, শিম্মহুনা নিংথৌনা।
শিৎপগদি নানবগা চুপ্লে খুমন মাইথোংদো॥

অবাবদা লীনরে মুংঙাইনরে হুরাওরে ॥
চাওবা মাগী পাখোংনা খুমন মাথু কোংখরে।
সুম্না লৈরিঙৈসিদা অঙোম নোংবান কায়রক্লে ॥
নোংবান মাগী মনাইদা উরে নিংথৌ দাগ-অহু।
"তয়ুম নোংবান কৈদৌরে—মাইদা হুদোকইবদো?"
হংই মোইরাং নিংথৌনা। "ইনিংথৌবু কাংজেদা,
ঙসি ননাই নোংবান্দি, পোরোম খুরৌ চেনবদা,
তুরুকতুমা শোকখরে।" খুমজরকই নোংবান্না ॥
"কদাইদনো, ইনিংথৌ! মোইবাং মচা অমগী,
চেপচিংদা শিংপ-মাইনি। ইকাইকনু কোংয়ানবা।
নিংথৌ কৌ'বু বিঞ্চুনি মিনমইহেন্দ ইবুংঙো।
ইপন কাংজে য়েংইনা।" হায়দোবক্লে চাওবনা ॥
খুমদে নোংবান হায-অব-ওই। নোংবান থোইনা ইকাইদে।
"তয়ুম নোংবান কাংজেদা ঙসি পাবা নিপাদো
খংনবরা মহাবতে?" হংই নিংথৌ নোংবান্দা।
নোংবান 'ননাই খংনদে উববদি খংগনি!"—
খম্বা, ফৈরোইজাম্বগা লৈরিবদু উরক্লে।
"ননাই 'হুগা লোইননা, ফৈরোইজাম্বা য়াম্বগা;
ননাই নোংবান ঐহাক্না, থৌগন তৌমিন্ননিংই।
নিংথিজেদা ননাইদো।" হায়জৎকই নোংবান্না।
"ভালো— নোংবান কজেদা, তুনিদনা ইচাশা!
ফজবক্লে ইচাদি।" থাগৎপিরে চাওবনা।
মপু মোইরাং নিংথৌনা পাক্লি ভন্না কৌসিল্লি
'উরবরা নিপাসে য়ুবেঙ্গমা য়ুম্নাক্লি,
মশিং খম্বা কৌইদো, মাগী য়েক্লা খুমল্লি।
মাগী মশিং অচাবা অমা থোনগে ঐহাক্না
নিংলে। করি মিংহুনা খম্বা মাগী চাবগে?

হোৎলু থোনসি" হায়দুনা তাকলিন্নরক্লে মপুম্না ।।
পাঞ্জি ময়াম য়েংবদা "খুমন 'কংলা নিংথৌবা'
সিনা চায়ে হায়দুনা থোক্লে মোইরাং খিংথৌনা।
মপু সনা য়াথংনা নোংয়াই নোংবান অনিদো,
খাত্রাংননা লেপহল্লে চাওবা শাংবা ওল্লক্লে।
সম্না-মতা খেন্নদে। খিক্লোইদবু চাংদয়ে।
খুত্তুপ তরেৎ স্তরেৎনি অনি মকতু য়াংবনা
মরেপ মঙান য়েংবদা বরিমতা য়াৎচদে।
তোংগানবা পাম্বনা তোংগাননা অত্তুম উই।
খম্বা নোংবান অনিদো থোয়ুম মাম্বা শেম্বা ওই,
য়েংউ য়েংউ মফমদা খন্দোক্লকম লৈনদে ।।
নিংথৌনা "ইপু নোংথোন খুমন মচা অসিবু
ঐগী সিদা থনম্মো। মতম কুইনা লমজা ওই,
চাবা থকপা নিং-তমদা, নহা ফীমাংনদোগুন
উরুদয়ে মহাক্লা মনিং তৌনা চাসনু।
সেংনিংবদা শেংসনু" হায়বিরুরে চাওবদা।
চাওবা—"কৈদৈ ইনিংথৌ। কেগে লৈপাক অসিদা,
মোইরাং সরা ওইদুনা লৈরুরবা মনাইনি।
মপু কোনগী থৌগল্লোল অমমক্ত খংদনা,
হায়বিগনু ইনিংথৌ। ননাই চাওবা ইরা-য়াই'
নোংমা নিনি থম্মগা তাকপি তিকপিজখিগে।"
হংগৎচরে চাওবনা। "চুমই ইপু পুথরো,
লুপা সনা অসিনা লৈয়ু পিজো নচাবু।
নোংমা নিনি অসিদং থম্মুরগা নংগীদা,
'তুগা ইপু পিয়কো নচা অসি ঐঙোন্দা।"
হায়রদুনা নিংথৌনা সনা লুপা পিনরে

মনাই খম্বা মাগীনা। চাওবা মপুই চোমোন্দা—
"য়োম্লবদা ঙাকপিয়ু লাল্লবদা কন্নবিয়ু।—
হৈরাং শংনা চাবনা ভাওজিং য়াবু কুম্মেদো।
মমুন ফবা হৈতনা হৈরাং খোইথুম্লবনি।
কোম্না মতৌ য়েংলগা ননাই ইচা খম্বগী,
লৌজগেদো মনাসে।" হায়না মনা লৌদরে॥—
লু-দগীনা ঙনপ-লু, খাংদগীনা ঙবোং-থাও,
লৌশিং চাংবা চাংবনা শাম্বিহৈদা য়েংহৌরে॥
"মপুইবুংগো নিংথৌয়েন! হযেং মথং হংচিংতি,
কুমজা খুদিং হরাওবা চিংউ থাংজিং হরাওবা
ওইরে কুমজা মতমদি। সিগী বাসি ঙসিদা
কেগে চৈবাপ কুমত্রিহৈ সনা যাথং অমংং—"
হংগংলক্লে চাওবনা মপু মোইরাং নিংথৌদা॥
মপু সনা য়াথংতু "যাম্না ফরে ইপুনা,
লাওথোকপিরো হৌজিকমক; চিংদা কান' হয়েংনা
হেকহল্লগা লৈরাংবু হংচিং হরাওরগনি।
লৈরোই মকোক নোংবাম্নগা নামোইজাম্বা কৌবগা,
হয়েং লৈরাং হেকহল্লু।" তাকপিরক্লে মপুনা॥
"ঐবু লোইবা লৈমাবা, তাম্বি-নামোইজাম্বদো,
হায়রে ননাই ঐঙোন্দা, লৈবোই মকোক ওইবদি
নামোইজাম্বা ঐহাক্না, খুম্বক পানা অসিদা—
তঙাইফদবগীনি লৈত্তবগী তৌবনি।
য়াববদি ইনাওশিং অঙাং ওইবা হৌরকপা
অহুম্ববু ওইংনসি' হায়জরম্মি ঐঙোন্দা।
শামান লেংমান্নরবা খম্বা নোংবান অনিনি।
খুম্ব লৈরোই মকোক্ল, ননাই নোংবান ইচানি।
কম্বা সনা বুদ্ধিদা—" হংগংলক্লে চাওবনা।

নামোইজাম্বা মন্নাদি তাব নত্তে চাওবদো ॥
"হুদি ইপু নতাওনা পুরেমবদো ইমাইনা,
হৌখিবা কেগে কমহুদি কদাইদগী হোৎপগে ?"
হংবিরকলে চাওবদা। "ননাই মপা ইত্তাওহ্ন,
লৈরোই সিদৈ ফমদম্মি, পাথাং-পুথাং হায়রম্মু,
কম্ সিমকত্তা ওইরে।" হংগংলকলে চাওবনা ॥
"করে ইপু হাপ্পিরো, নচা খুমন মহাকপু,
রাগী শকুকতুদদি ইনাও তোন্দা থংহল্লু।"
হায়দোকপিবে নিংথৌনা প্রনামিবু থাজরে।
খম্বা নোংবান অনিদো কোম্নহল্লে নিংথৌনা।
"ইত্তাও শাল্লো" হায়দুনা কোয়ৌসিদৈ শাম্নরে।
"হয়েং ইনুং ঙানবদা নহোয় অনি চৎতুনা,
চিংদা কানা লৈহেকউ, হংচিৎ লৈরাংগনিদো।"
তাকপিখরে মপুনা। তৌনরিবা রাফমসি,
সনা সংগাই নুংদানি। চিংখুবদি চৈরাপ্তা,
লৈরি কুমজ্রি নুমিৎতো। মনাই অমা অনিগা
তরব তরক ফম্মম্মি। কন্নাইবা অয়াম্বদি,
লৈখি কেগে কাংজৈদা, মখুম অতুম কুম্নগ্রে।
কাংজৈ পাওদু তাগনি হায়বদুগী চিংখুবা,
মোইরাং লমজাও অতুদা কুমনিংদরে মখুমদা ॥
খুম্বা লৈরিঙৈসিদা চাওবা, খম্বা পুদুনা,
লাকই কেগে চরাপ্তা। চিংখুবদু লৈরম্মি।
খুথা পানা অসিনা কুমজা খুদিং লাকচবা,
কম্নখিবা নোংবাম্না পাবা ইয়া য়াদবা;
খুহুক মাগী খন্দুমা শাওনিংঙম্মি চিংখুবা ॥
চুগী মুংঙাইতবমা য়েংদে চাওবা লাকপদো।
চাওবা—"মনাও ইবুংঙো" কৌই; "ইপু নোংথোম্বা"

খুম্মি থক য়েংথোরক্কে। থোদো অহু উবদা,
হয়াওজরে চাওবদো। "করিগুম্বা অমতা,
হংগৎকেনে ইপুনা?"—"থংঙে ইপু! তানিংদে,"
য়েংথোরক্কে চিংখুবা। "করি রানো ইবুংঙো!
তাম্রিঙৈনা হান্নবু করম থংবিরিবনো?"—
"তানিংদেনে অহুবো থংই কাংজৈ পাওনজ্রা?"—
"মানি কাংজৈ পাওনিনে"—"হো-হুনবু হায়বনি,
তানিংদে হায়রি' সিনি।"—'তাওনে খুম্বক' থোইরেনে"
চাওবৈ মরা তাবদা—'ইপু! ফাগি তৌগদা,
অঙাংনি মহায়হুনা ইপু' খোইনা তৌবসে,
শাওনিংইদা অঙম্বা।" চাওবা ইপেল পেল্লকই।
চিংখুবগী রাতুদা। "ফাগি নত্তে ইবুংঙো।
ময়াম্বুংদা হংউদে।! মজাইবেম্মা উবম্মি।
ননাই নোংবান তুখরে।" রাহৈ অসি তাবদা
চিংখু' মাইথোং হাইগৎলে থাজরক্লে মবুক্তা।
চাওবা মাবু য়েংলক্লে, খম্বা থোংদা লৈহৌরি।--
"কম্না ইপু! অওইব্রা?" হংজরক্লে চিংখুবা।
"কনা লাইদি য়াওহুনা?"—"লাই নত্তেদা ইবুংঙো।
ননাই ঐনা পুবকই মানা খোইবা কাংজৈম্মি।
ইবুংঙোগী পানাম্মি।" চাওবৈ মরা অহুদা,
খুমন লমজা মহাকপু চানিং' তাওজিং হৈরাংগুম
চিংখুবনা পামমকই। "ইপু কদায়" হায়হুনা
খম্বা মাবু থিবকই। খম্বা চংশিল্লক্লুনা,
খুরমজরে মপুদা। খম্বা শংত্রিক য়েংহুনা,
ঙকপ্রে খুমন উবদা মীওই মুত্তি অহুদা—
"কনানো ইপু সিদে" হংজরকই চিংখুবা।
চাওবা—"থংত্রিবরনে ইবুঙোবো ননাইসে?"—

"ইপু ! খংত্রেনে ঐবো ! কমানোনে হায়রোবা।"—
চাওবনা "কবিনোদা ! নয়াম্বুংদি কনম্নু,
অহন মতম ওইরবনি। খুরুম্ব দৈ হে'গৎপা,
লোইফাংত্রিঙৈনা খংই। যুবরাজদি নহানি,
নোয়োন দৌরা ফরিবা খংমন্দেদা করিনো ?"
চিংখুবনা—"নোংথোম্বা ! হায়দোকপগবা ইপু !
খংমিংঙেদা ঐহাক্কে।" চিংখু মতৌ উবদা
পোক্কে নুংশিবা 'মচুম, মোইরাং চাওবা অহন্দো।
খুমন পাবি পুবিদো লীবে চিংখুবচুদা ॥
বারি অচু তারগা চিংখুবনা 'ইপু ! হৌ !—
চুদি ঐদি, খংইনা অভাংসদে নহাম্না।"
চাওবা—"কম্না ইবুংঙো ! ননাই সিবু খংইবা?"—
"সিনি ইপু—ঐননে, মাবু খংই হায়বদি,
মাগী মচেম হায়বিদো ঐগী ইচা নমুগা,
মত্তা শান্নে ইপুনে ! ঐগীদদা লৈচুনা,
কাংম্নু শান্নে, কোইমিন্নে ইতিনহেক তিন্নে ইপু !
মচেম চুনদি ইপু ! মৌপুবা লৈ হায়দেদো।
চুনা ঐমা ঙকপনি। চুননি ইপুনেদো
ঐনা মাবু 'খংইমে' হায়রুবদি, চুমত্রনে ?"
চাওবনা—"চুমই চুমই ! ননাই মচেম চুননি।
চুম্নু বাবৌবিগনু। নুপী-চাদি ওইবনে,
লমজা কিজবদগী থুপউবনি ননাইনা"—
"শাওদে শাওদে বাদবু হায়রুবনিমা ঐহাক্না।
চুগা ইপু ! ইচানি ! ইচায় মতাই মৌপুবা,
ইচা নংত্রনে ইপু ! ইচামিদা ইপুকো !—
পাম্বি 'বুংঙো মুংশিদা নিংথিজৈদা ইচাদে।
ইপু তমম্বু তাগেবা ! করম করম শান্নবা,

কল্লকইদা ঐহাক্তে, ইচাই কাংজৈ য়েংহৌদে।
ইপু ঐদি পাপ চেল্লে।”—হন্নাওবনা চিংখুবা,
খুমন মুংশিখিবনা পুম্ন-য়োংলে ননাইবু॥
চিংখু মবুক উবদা চাওবা লৌশিং তৌরক্লে।
খুমন মচা অহুবু হেকত্তি পিথোকওইদৌরে।—
“তাবিয়ু-সিদা—লুপ্রে, নয়ামখুংনা,—ইবুংঙো!
ইনাই নোংবান অসিবু ইনাওপীদা লৈহনগে,
চহি অনি মরিদং নিংথৌ পানা ওইহুনা,
তমখিবগা ইনাওদা কোম্না অমুক লৌসন্নু।
ঐদি অহন ওইবনা, চৈগদবা শ্নেংহুনা,
য়েগদবা চৈহুনা হাংকদবা যৈহুনা
ঙম্মে ফাবা ইবুক্লি। ইনাওতোন্দি অঙাংনি,
ঙমদ্রি পুরিং ফাখন্নু। ১হৌশানা মশানা,
মুংশি হৈতে যৈগল্লি, ঐনা থোগল লোন্দুবু
তম্বিথিনি’ হায়হৌই।” বাবম অসি তাবদা
মৈ-থোকখরে চিংখুবা। ইন্দ্রি পুম্বা কাইখরে।
“খুম্বক লৈরোই মবোক্না ননাই নোংবান হাপহৌরে।
খুম্বা লৈবোই অহুনা ননাই সিবু হাপ্লিরে।”
অসিমম্নু থেংহৌবে। লৈবাংবগী বাহুম্নু
চাওবা লোইনা তম্মকই শাওবে চিংখু নহাদো॥
“করি বানো ইপুও! চরৈ ফীমন [illegible]নবদি,
ইরাম্বনি হৌনৈনা! পানা ওনগে হায়বদি
যারোই ইপু ঐহাক্তি, নোংবান মানা করিঙৈ
ঐ নিথৌনি হায়হুনা ‘ঐগী নোংবান মহায়বা
মাবু হেনবা লাক্লগা খুম্বক পানা ঐহাক্কী;
পানা ওনগে হেক-মহায়! ইপু! ঐদি লৈজরোই
কেগে লৈপাক অসিদা পাজনম্নু য়াম্বুংতো!”

শাওরক্লেদো চিংখুবা। হনাওবেদো চাওবদো—
'হুনিনে ইবুংঙোগী লিংজেল অহু হাকমল্লি।
নয়াম্বনি হায়সম্নু অমরোমদা নিংথৌনি।
ইম্বু ইপু চংহুনা হংগৎকনি কৈদৌগে!
ননাই খুমন অসিবু মুংশিবিবা লৈরগা—।"
"মুংশি ইপু মুংশিজৈ পিরোই ইপু খৎননি,
যাবরনে করিনো! শিকএ। ঐগী পানাবু"
চিংখু নহা শাওখবে নিংত-পিমক তাদৌই।
"চৎসি ইপু হায়নসি" হায়রহুনা চিংখুবা,
চাওবৈ মাংদি থাহুনা লাকএ মপু মনাইদো।
"ফত্তে মযাম্বুংস্নুনে" হায়বহুনা চাওবমা,
থিম্ন-থিম্ন পুবকই চিংখু মবুক নিংহুবু॥
সনা-মাংদি য়োবদা যুবরাজ চিংখুবা,
কপকদৌই খুবম্মি! চাওবা তুংদা লৈথরে।
হংই "অতোন করিনো?"—"ননাই ঐদি লৈররোই
বেগে মোইরাং লৈপাক্তা, হাওকপ চিংশাং কৈদনো।"
য়েংই মনাই চাওবদা, মপু মোইরাং নিংথৌনা,
চাওবা মখুৎ হাইরকই, খংডে মতা অহুদা।
মোমোন মোমোন নোকতুনা "কৈদৌবগে ইবুংঙো,
মাদি ইহায় হায়দনা মাগী মরোন হায়মুনে"
তাকপিবক্লে মনাওদা চিংখু নহা তেইঙ্গলবা—
"কিবান খুনবা ঐগীনি–পেঞ্জে ঐগী ইপুক্তা
পানা ওনবা অসিদি চবন কৃপা তৌবিয়ু।"
হায়রকপহু তাবদা—'সিম্নি ঐমা হায়বদি,
পানা ওনবা হায়বসি করি ওল্লুগদগে।
ইনাওতোনগী খুন্থকনি ঐপীনা খুঙ্গানিদো
মাহু ওল্লোই লৈসম্নু। ওসি লাকপা মহাসে,

কেগে লমজা মচানি পু-পাংমন্থু সুববা,
পু-পাংমদা নত্রেদো হুক্রে লৈজত্রবনি।
মায়ক থৌঝাওদরবা মোইরাং লমজা মচানি।
নহা মশেম তিন্নবা সুংশা থিদো ’যাম্বনা।
তুগী অহুক হায়বনি লিংজেন থাইদো ইনাওদি”
হায়রকপহু তাবদা—“থাইনৈ নত্রে নমাই ঐ,
য়াম্না হল্লে তৌদরে। মানা কাইবা থিজরোই,
য়াম্বুং কুপা তৌবিয়ু নমাই ঐহাক শেমজগে।”
হংগৎলক্লে চিংখুবা। চাওবা বুদ্ধি উবদা
থাগৎলকই নিংথৌনা চিন্দি থোক্কে মবুক্তা।
“ইনাওতোনবু কৈদোগে নমাই নোংবান অহুবু
নুংশিত্রনে কয়িনো ফনা ফবা মীনিদা।”
হংবিরকই সিমস্থু। “নুংশি! নুংশিদে হায়দে,
অহু ফনা ওইনস্থু ননাইসিতা মপামজে”—
‘ফরে ফরে লৌবিরো” হয়াওনমক মনাওদা
পিনখরে নিংথৌনা খুমন মচা মহাকপু॥
যুবরাজ কুমখরে। চাওবা মচা মমাক
অনি লোইনয়হুনা কুমত্রে মরান য়াইহুদা॥
সুনাং মতোন য়োবদা মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা
মাগী তালোই কৌরক্লে—“নোংথোম্বী [illegible]বরা—
লাকএ ইতাও পুরেম্বা, লাও! থোমকডনে নংবো।”
খোমফম অহু তাবদা খনথি নোংথোম্বীহুনা—
“মোইরাং-চাওবা, খোংলেনবা, লাইওইবদি নিপানি,
কয়িগুম্বা লাকপরা!” হায়ুনা নিংজিং ম্যাংজিল্লে।
খংহৌদনা নোংথোম্বী অহন মতম ওইবনা
খোমলাং অহু ইহৌই ইওক ককই মুজাক্কে,

চরৈ কীরোন চোল্লকই। খাংগোল লাংদা থোমক্লে।
নোংম্বাই খুদাং পায়ত্থনা পুশিল্লকপা উবদা
তিঙক তিঙক য়েংলক্লে। নোংপোম্বনা "ইবেম্মা!
নংন্না করি ঙকউরি খুমন খঙ্গা ইচানি
ঙাখরৈমা মপান্নি, পুমেক্কী মচানি।"

ঙাকলে বারি অপুম্বা নোংখোম্বীদো কপখয়ে।
"পারি 'বুংঙো ইমানা, ইতা নমা লৈরিবঙৈ,
খুমম নংবু পোকপদা থোম্লাং ইনখিবত্থগী,
লৈহৌরবোই মথাক্তি। খুমন নশক উবদা,
খোম্লাং চরৈ চোংলক্লে। ইমা খোম্লাং ইনগে লাও!"
হায়রত্থনা খুমনবু নোংখোম্বীনা কোন্দুনা
অম্বতবু ইনখরে, খুমন মাপ্থ কপখরে॥
অমরোমদা চিংখুবা তম্পাকয়ুমদা থুংখবে।
ঙালোই ঙরা মাথোইনে মজাইবেম্মা থোইবীনে
ময়ামত্থদা তম্মুরে খুমন মাগী মপাওদো।
হয়েং লৈবাং হেক্কনি ; লৈয়োই মকোক হাপখরে,
খমন্নু মাগী মৌপুবা ওইরম্মিদো" হায়ত্থনা॥
"ঙসি কাংজৈ য়েংহৌদে কমদোমগে উবরা"
হায়না হংখি মমোমদা চিংখুবনা ময়ুমদা।
মজাইবেম্মা থোইবী "য়াওদি য়াওই অমখক;
ত্থক য়ুমদি খংদরে" [illegible]ংদ-শানা খুমজখি॥
সেম্থ মপ, মনাইনা তানখরে শুমদাংত্থ।
হয়েং লৈথিবত্থদা খুমন চাননবত্থ;
সুবা চয়োম লাংখরে। চয়োম অত্থ পুত্থনা
লাকএ খুমন মাগীদা। খুমন মচিন মৌপুবা
বারি শানা লৈরম্মি। খুমন মানা পুরকপা
নোংখোম্বীনা পিরকপা চরৈ কীজোন কয়াগা,

খম্বনু মাহু উরগা—“ইহু নিংথৌ ইবুংঙো !
করি পুরকইবগে ? লাইরহনা নহাকতি,
পাম্মুরবোই উমখৈ, হন্নু ইচেম শেংনিংঙে।”
খুমন মচেম য়েংহনা—“ইমা শকপী করিনো !
মীনা পিবা পোংসিবু করি হন্নুগদগে !
হন্নবস্থ হন্নুগে, ইমা ! রাথল তৌবিয়ু।
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা নিংথৌ-ওম্বা অঙম্বা,
চাওবা নোংথোম্বনিদো। মানা ইকাইথরগা
ফবা লৈতে ঐথোইগী। হনগদগী শরুকতো
শেংবপুসি থমজিনসি ইমা করি হায়বগে ?”—
ইহু নিংথৌ ইবুংঙো ! চুমই নংনা হায়বনা,
ফরে অহু ঙাইদনা” হায়না খম্বনু মচেম্মা
লৌরে খুমন মরাদো, থমজিনজরে ফীরোমদো ॥
অসাই চাওবৈ মনাইনা থিম্বরকপা ফীরোন্দি
কাংজৈ হুদা থারকপা, খম্বা লাকত্রিঙৈদনা,
লাইরবীদি মচেম্মা লৈকাই মমা মপাদা
য়েম্থোকথরে য়ামখৈ, অরেম্বদি মখৈদো
হুম্ব লোইসিনজরম্মি ইন্নুং তাংলৌ অহুদা ॥
হুগী তানজা অহুদা মজাইবেম্মা থোইবীদো,
মাংগোল-লাংদৈ কৌরক্লে—“খুমন চনু তাবরা
লৈতবরা করিনো ?”—“মজাইবেম্মা লৈজেনে”
হায়রহনা থোরকই মপু মনাই চংলক্লে।
মচিন মৌপা অনিগা সেম্বু মপু মনাইগা
মরি রারি শানরে সেগা মাইগা তানরে।
খুমন কাংজৈ য়াওরুবা, লৈরোই মকোক ওইরকপা,
চিংনখুবা তম্মবা—রারি পুম্বা লীনরে।
হরাওজরে থোইবীদো ইন্নুং তাঙ্গা অহুদা ॥

তন্না চয়োম অসিনা হয়েং লৈমাং হেকপদা,
সিনা অমুক লেংঙমদাই হাবিযুদো হায়হনা,
শিমজরে হায়নরে। মজাইবেম্মা হনথরে।
খুমন মানা থাদোইবু থিল্লি সংগাই মনাকম্বাও।
মপাই ৱাংগোন পুথ্রিবী নাকন থোংদা চংহৌই।
লমজা মরান য়াইহুদা খুমন তন্না হল্লকই।

---

১

## ( লৈ-হেকপা )

লৈ হেকপা চৎকদবা ওয়াং মুমদাং তুদগী,
লমজা মচেম অতুনা অহন শানা তাক্লকই।
খমনু কৌবী মচেম্না মতিক চাবমু নত্তে;'
নৌজম্বিবী মুজানি মলম লৈশান্বিবিনি॥
য়াইফবীদি কনানা খুমন চমু মাগুম্বী,
চহি লেংগা সিদদি লৈনৈ করি খংদনা,
অঙাং মতম ওইতুনা। লৈজদবা মরমগী
মচিন মৌপ্‌ৱা লৈবদা, লমজা অহন শাবীম্বি॥
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা কনা 'মতা লৈতেদো
খুমন নোংয়াই মহাক্নী রাবিনবা জীবসে।
খমনু কৌবী মুম্বানা লৈরাং মতম মঙনা,
বাকচিং উক্লেল নংঙকই কংই ইন্দ্রি অপুম্বা॥
মতু নিংথৌ য়েংতুনা—"খুমন ইবুংঙো তোমপোক!
নোংয়াই ইচেম বা হায়গে। লৈরাং লৈশক অসিনা
কংপা য়াবা লৈরাংনি, সিদি কংপা হৌনদে,
নোংয়াই নংদি খংব্রিদো কম্‌দৌগনি ইবুংঙো!"—
খম্বা—'ইচে-ইবেম্মা বাক্লগমু কান্নদে,
চিংউ মাগী নোংদমদো লাক্লনিদা কৈদৌগে!
মাগী থৌজাল নৎতনা ইচিন ইপ্‌ৱা অনিনা
কম্বি খংজগদগে।" খুমজরকই মচেমদা॥
খমমু—"তাইদো ইচেম্না! অঙোম নোংবাল অতুবু,
খমুক খমুক তৌনৈ হায় লমজা নংগা; ইবুংঙো!

ইচেম ইবুক অসিদা খুমন সিগী মমক্তা,
তুম্বা হিপ্পা য়াদেদো ঐগী লাইমন্ ওইদোরি ॥
য়াইকবদি নিপানি ঙাংনরুম্মু শাজোতোম।
পানা পানা ওইবগী পাদ-ম্বাদ থোকপদি
মপাগনি, খন্নফদে পুকথা লিনথা থারুম্মু।
ঙরাং সনা মাংতুদা শাম্নরেদো নতাওম্মু,
মরুপ হায়বা অসিদি ইপা ইচা হেনবনি
মুংশিননা তিন্ননি লমচৎ য়াহৈ কাইফদে।
নতাও নোংবান অদুদি কুমজা খুদিং লৈ-হেকই।
মহৌশা তৌরবনা খংলবনি মহাক্তি,
লৈরাং মশক অদুবু হংউ নতাও অদুদা ”—
তাক্লে লমজা মগাকপু। খম্বা—“হোই ইচে হংগে”
লৌজখরে য়াফমদো। তবা চাবা লোইখবে ॥—
মোইরাং নোংবান মবুক্তা ঙরাং কাংজৈ তুদগী,
য়েরু পাম্বী থাখরে থমোই উতুপ ফুমখবে ॥
“ঙরাং ইপন্ চাওবনা তৌরকপদি খুজিন্নি
লৈপাক মংদা শিখরে, ঐম্মু উশিংলুদরে।
শোইববুদি ’হুননি। ঙরাংগীহুই লমন্দো
কোকে ঙসি কোরৌদা লৈ হেকপা চৎপসিদা।
ঐগী হৈ লৈ পুহনগে”—খনগ্রে নোংবান অপাম্বা।
য়াওম্মু লৈকাইদা লৈথা নোংবান মানা হান্ননা.
সরোংবু-দা ঙাইরমে নোংয়াই মাগী লম্বীদা ॥—
খম্বা মচেম খুরুম্মে “মঙ্গল ওইয়ু” হায়রিবা
মচেম বোর ফংতুনা ময়ুম চেংগৈ লৈ-দগী,
মৈয়ম পাংনা চৎলক্লে হন্নুবী থোং লাক্লক্লে,
তাওথোং যোরে তুদগী খুমন, সরোংম্বুং য়োরে ॥
নোংয়াই মতাউ উবদা—“ইতাও ’বুংঙো লৈবক্নে,’

মুংঙাইজরে ঙাইবিবা খংজিন্নিবা নত্তাওবু।"
কৌই হয়াও হয়াওনা।—"খম্বা! খেংই নহাকতি,
কুইরে ঐনা ঙাইন্নিবা!"—"ইত্তাও পংঙাই ঙাইরেদো।"

খুমন মন্না তাবদা'নোংবান আথা কোংয়ানবা—

"মংদি মহৌশা চৎতে খঙেঙাইগন্রা হায়দুনা,
'দুগা ঙাইদ-য়াদবা রাম্ভু লৈরি ইত্তাওবু"—
"রাকম করম কমল্লা তাকপিগনি ইত্তাওবু"
খুম্মি হংই খুমন্না। "রাকম্ সিনি ইত্তাওবু!—
মমাংঙৈদা ইপানে, মংবু পোকপা ইমারে,
চৎলি হায় অস্তম্ তৌনা। পাথাং-পুথাং ওই'খোইরে,
মৈনা রাইনা তাংনা শম্, হায়দু ওইরে মুংশিদা,
খল্লুর'দি মং ঐসে! সুম্না চৎপা অসিদা,
চান-থরু চয়োম্নচিংবা খিবিক অসিদি,
মংবু পোকপা ইমান্না লোইনা পুম্পু পুই হায়।
দুদি করম্না হায়নি, ইত্তাওনদি নুংঙাইরোই।
শাগৈ-সলাই থিবদা—অঙোম-'খোইগী থোকই হায়,
কেগে মোইরাং হায়রসি। খুমন হায়বা অসিনা,
শাইপক-সাইদাংলবনি, কম্লাইবা 'নি চৎপদা
খুমন মংনা পোৎ-পুবা সুম্না চৎনরকই হায়।
মথং নথং লাকপনি থাইনদগী চৎনরকপা
ঙরাং ইত্তাও' কুমথরে; রাকম অসি ঙাদোকনৈ।
করি রানো হায়দুনা য়াজদেদো ঐনবু!"
মপু সনা য়াথংনা পুয়ান পুথোক্লদুনা
ফাকই য়েংই ইত্তাওবু! বেরা তৌনরকনি
ইয়ু হায়নখিবু হায়—ইচুনমক লৈয়ম্মে।
মপু সনা য়াগংনি থোওইদবা থোকত্রা,
অকক্পগীদি নত্রে। ঐগী ইপোৎ ইচৈসে

ইতাও পুরিবা তারি, তুইস্থ ঙাইরম্লিবনি।"
রাকম অসি শেমদুনা হায়বে নোংবান-খম্বদা॥
নোংবানগী রাকম দুনা ফজমনবা অদুদা,
খুমন মাম্থু ঙকউরে--"খুমদাং খুন্দাংদবব্
কনা লৈবা! হৌনৈনা, ইরৈবাক মত্তে চুমই!
তাবদস্থু ফজদে থোইদোকনস্থু তাদে।
তৌরকপা কনা ওইনা মাসি তৌবদি চুমদে।"
হায়না খল্লি খম্বনা॥ খুমন মানা খুমন্ত্রিঙৈ,
"ইতাও কবি হায়বগে?" হংবিরক্লে নোংবান্না॥
"পাথৌ ইবুংঙো নোংবান! পুবিগনি ইপানা
অদু কনা ওইনস্থু অমম্বদা তেন-বাপ্ল,
লৈচিন্দা তেন-তম্বনি ঐদি পামদে কোংযানবা।
পাথাং পুথাং ওইনস্থু হেনদে তৌবা মাসি।
তাবদা যাম্-ফজদে।" খুম্মি খুমন নচানা॥
য়াবোইদেরে হায়বসি উরদুনা নোংবান্না—
শাওসিন্নদুনা যেংলগে হায়না নোংবান হায়রকই,—
পুরবোইদ্রা ইতাওবো! ইপা ইপা য়ানরকই,
সিবু পুবোই হায়ববু নংগী মতিক্তি ওইদ্রা!"
"নতিব নপা হায়বদো, ইতাও! হায়নগম্মুসি,
মকুপ অনি তিন্নবা রাঙাং অসি ঙাংনবা,
সুম্বা মকুপ মতিন্ন-শীকাই শীনা তাখিনি।"—
খুম্মি খুমন নোংযাইমা। নোংবান "কৈদৌচরনি।
নিংথৌ সনা যাথংবু তানিং তাজসমুম্মা।"
খম্বা--"অদুদি চুমদে। নংস্থু ঐস্থু পানানি,
খুম্বক ঐনা য়েৎথংই, খুম্বা নংনা ওইমিদো।
ওই নংগীদি নপোৎপু ঐ য়েৎনা পুগদরা?"
নোংবান্না 'কবি রানো নিংথৌ মাগী হৌনবা,

তোংগম্নবনি খুম্বক্তা ; সুংশিন্দুনা মনাওবু,
তোংহনবনি খুম্বক্তা। নিপাম্না ঐখোইরোমনি,
পাম্না 'দোম্না সুপীনি। নিপা ঐখোই ইপোত্তি
পুবা হৌবৈ সুপীনা, নং-পু ঐগী ইপোৎসি।"
নোংবান মবা তাবদা—"ইতাও মাসি কাইরেদা।
নিপা ওইবা ইতাওনা লৈবিহৌরে তুংওইনা,
পাংজদবা সুপীনা মাংদি থাবা হৌবৈদো
ঐ চৎলে।" হায়দুনা খুমন মখোং থাংথরে।
তৌঙমদবা নোংবান্নি ইকাইখম্ব লৈতবা
নোংযাই মানা চৎপদি য়ৈনিংঙক্লে নোংবানবু,
ওন্সিন্দুনা বাহবু ঙাংনিংদ-চৎপনি॥
"পুদফদে পু-পোৎ-সি" হায়দুনা নোংবান্না,
মাগী মপোৎ অদুবু য়েৎথংবগী লেংদুদা
নোংবান চেন্সিল্লক্কুনা ইবেন য়ান্সিনবিরুরে॥
খুমন শাওখরদুনা য়েৎতগী চয়োম অদু,
নোংযাই ওইনা লাক্কুনা লংথোকপবু পোৎ অদো।
ফৈদোম তরেৎ-মঙাদা তারে পুম্নিং নিংথাইবে॥
খুমন তুমিন তোক্করে—"লাও চংসি হংনরুসি"
হায়না খুমন এহাবনা নোংবান শাগল পাম্নরক্লে।
মপু সনা মাংদুবু য়োরগেদো হায়দুনা
নোংবান মাবু চিংথবু নোংবান পনবা য়াম্নিদে।
হাওবৌ ফৈদোম তয়ামুক খম্বা চিংলে মতাওবু॥
অদু যোবখদুদা থাম্মি নোংবান খম্ববু,
"চাইখো ইতাও! বা হায়গে" খুমন চিংবা তোক্করে।
খুমন মাগী অচৌবা থমোই ইপাক অদুদা,
অশাওবা মালংব য়ৈরকপগী ইথক্তো,
নেম্মু হায়বা য়াদবে,- থাংনা থাংনা নোংবান্না—

"ইতাও ওাইখো৷ য়া হাযগে —নংনা ঐবু চিংদুনা
সনা মাংদা যৌরনি। য়াকম অসি হংনবা,
ঙসি অসি হৌখিবা লৈরাংবসি কাযববা,
ঙসি অসি তোপ্লগা হযেং কোনা হংনবা,
লৈরাং হেকপা চৎলগা লৈরাংবসি কায়দবা।
অনি সিগী গুন্, সিবু ইতাও কনা' হেনবগে?"
হাযজরক্লে খম্বদা। বাফম অদু তাবদা
নোংযাই থর নেংথরে মতাও নোংবান থাদোক্লে।
"য়ান্না চুন্মি" হাযদুনা খুমন মাস্থু খল্লক্লে।
"ইতাও নংদি শাওমল্লি পুনোই হায়বা লৈরম্থু,
ইরেন কোকহেন মথন্থু অস্থুনা থিনা হুন্দোকপা,
মকুপ মানদে নহাক্তি। অদুদম্থু নংতনা
ঐবু তেকস্থু মচবা হৌনবরা নহাক্তে।"
হাযদুনা নোংবানদো চহোম অদু খুল্লরে॥
নোংবান মতৌ উনদা মংক ফনা খম্বদো,—
"ইতাও বাবৌবিগম্থু" হাযনদুনা লেংরে॥
লৈরাং হেনপা চৎলক্লে লোইবী মাইবৈ পাংথরে॥
ঝেগে খোংদ লৈবেন চুং লোইরাং থম্বাল মুংশা বৌ
তুরেলমক নোবে থাংজিং চিংদা পাবক্লে।
লোইবী মাগী খাদাংবা সংকর লোক্তি য়োখবে।
"লোইবী চিংযা পাম্‌সৈর সদু যাংগেন্ তেক্ চাকলৈ,
কোলোই লোইবী মুংগাবৈ, লৈরাং নোংবান কোংগাংলৈ;
লৈরাং লৈখল নৈথনা চিংমাই অদু থম্মখে
শাৎলম্মোদো লৈরা দো। নোংবান নাংদা পারকই।
লৈয়াম অদু উবদা "লৈরাং মযাম অসিদি
ফজরেদা শাৎলেনা।" হাযজরকই খম্বনা॥—
"মকুম মথা ওইরাগী শাৎলিপনি" হায়দুনা

নোংবান খুম্মী খম্বাদা। খম্ব—"ইতাও! নৈসিদি
নিপা য়াংথৈ চংহুনা হেক্লবনু লোইবরোই।
মফম সিদা হেক্লসি" হৌজরকই খম্বনা॥—
"ঐবু পোকপা ইপানা লৈয়াম অসি শেম্বনি,
অভোম ঐগী লৈফম্নি। ঐদি চহি খুদিংগী
হেকই মাসিতদগী। কুমসি-দি শাৎতুম শাৎতে,
হাকুয়া হেল্লি ইতাও।" হায়রক্লেদো কোংয়ানবা।
য়াফম অদু তাবদা খম্বা নিংকোক তৌরকই।
অদুনকপু খুমন্না —"তুদি ইতাও ইবুংঙো!
নংগী লৈফম সিদগী খর হেক্কে ঐগিস্নু,
ফত ফজ মথৈদো ইতাও নংনা হেকপিয়ু।
গিসনু কৈদৌনি—হংবিরগা হোরেন্দা
পু মোইরাং নিংথৌনা,—অনৌবদি ওইবনা
খংদে কৈতে খুমজগে, ইতাও করি হায়বগে?"
নরন অসি তাবদা—"মাদু য়াদে ইতাওবু
অভাম লৈফম হায়বসি লৈম নিংথৌ খংবনি।
শক মান্নৈ হায়দুনা হোরেন বেরা ওইগনি।
লৈশক নাইবা লৈরাংনি। লৈরাং মমিং ফাওবদা,
ঐব পোকপা ইপানা 'লৈরাং নোংবান-কোংয়াংলৈ'
হায়না থোনখয়বনি। সিনা খম্বা য়াররোই।"
মন রাসি তাবদা য়াবা পন্দোম লোমখরে।
নায়াই মথা তাদরে। নোংবান মবুক্লিংহুদা—
নারক সিদা থাজিনগে পাম্ব-মানা য়াথোং লোন
সংজসনু খুমনবু" য়াখল অমা তৌরক্লে॥
নোংবান—"ইতাও য়াকম্নু, খুমন লৈফম লৈবনি।
য়েন্ লান্দান্ অথৌবা ইগান পাঙল কন্‌বনা,
নরাংবদি মফনুদা মীয়াই সরাই তাম্বদা

শেমস্মি হায় ইমান্দি, চৎলু ইতাও মাতুদা।"
রাকম অসি তাবদা নোংয়াই সোর হোন্দোকই।
'আদা উরিবসিনি চিংমাই সিদা হাইগৎলু'
সমু খুৎনা থিন্দুনা তাকপিরক্লে নোংবান্না।
মীনমদবা খম্বদো মকপ মরা লৌতুনা—
কাপ্রে থাংজিং চিংজাওদা। উয়ান শিঙ্‌য়ানবতুগী
খুনাম অতু ইন্দুনা লাকই সুন্না থিরকই॥
লোক্ কযা লাল্লবদা খুনাম অতু মুৎলক্লে।
লম্বী মাংলে কবম্নো খুমন থবাই রারক্লে।
কোবৌ মতম অতুদি থেংজিল্লক্লে তাঞ্জাদো।
"পম্থৌ নংদি ইবুংঙো! কনগ্রবোইদা পাঙ্গন্দো,
কয়া থাগ্না শেন্মস্না পম্থৌ লৈফম অতুবু।
পাথাং-পুথাং লৈ হাযবা কাওবোইদকো নহাক্তে॥
ইমান্নব-নেংবান্দি শিঙেন মাব ফংহৌবে।
নপাবিদি পাংদবা চোপ্প-তারে কবম্নো,
কেগে লৈপাক অতুদা লৈরাং ফংদ্রে হাযতুনা
তোকসিগেনে করম্না' হাযরতুনা খম্বদো
পলেম পম্থৌ অনিদা লেরাং লৈফম নিরক্লে॥
ইমুং নত্ত' মমথরে, মংবু কাবু ওইখবে।
"লৈদ-যেংন চৎপদা লম্বী য়েংদ-বমাল্লে,
ঐদি লম্বী মাংঙেনা" খল্লতুনা খম্বনা,
কোয়না-যেংলকপতুদা হাক্ল-তুকতি থাপ্তুন্না
অহন ওইবী হাওনুবী অমতং উরকই।
চৎলি চৈস্থু পাল্লোইনৈ। ওক্লে মাতু উবদা॥
'লমদম মতা'—অহনসি' চৎলি' মীতা অসিগা
খোযুম লাইবা তাইবংলা"—চিংনরকই খম্বদো।
"কিগদরা" খল্লকই। "লাই ওইরবদি খুম্মোই

কৌগে য়েংগে" হায়ত্না—"হা ইমা! চংলিবীও!
ঐবু লম্বী খংদরে চুম্মিবরা লমসিদা?"—
"হা ইবুংঙো! চুম্মি লাও।" পাওখুম অহু তাবদা,
"খোয়ুম মক্তি নংতয়ে—ঐগী বাবা অসিবু,
কোকপা তাবে" হায়ত্না "ইমা করি লমদৈনো?
কদায তান্ন-চংপনো?" হংলে খুমন মহাক্না॥
"পারি 'বুংঙো ইমাদি মাস্তক হাওখুনদগীনি
মোইরাং চংকে লাকপনি; নংদি কদায়দগীদো?
কদায তান্ন চংলিবা? করি থবক লৈবগে?"
খুমন মাহু তাবদা "ঐস্থু মোইরাং মচানি।"—
"তুদি নং ইমাবু থাদোক্কনু চংসি লাও
মোইরাং যৌবা ফাওবসি চংমিন্নসি ইমাগা।"
"ঐবু ইমা!" খম্বনা "রা তমতা হংজগে?
লৈরাং হেকে লাকপনি। থাইনা ঐবু পোকপিবা,
পুরেম্বদি কোবনা থাংজিং চিংজাও অসিদা,
লৈফম অনা থনম্মি, হাযবী মরুপ মপাঙ্গনা,
ঐনা থিজবদদি গ্রংখিদরে লৈফমদো।
অহন ওইবী মহাকনি, তাবা লাকপা লৈবরা,
করিগুম্বা ইমানা? খংদত্না রাবেদা,
খংঙবদি তাকপিয়ু ইমা খংবিদবরা?"—
"আঃ পারি'বুংঙো, নংবু পুবেন' থোবগী,
মচারযে? নুংশিদা। মাল্লে মাল্লে ওইরিনি।
ইবুং তুবুস্থু খংই, লৈফম অতুস্থু খংই।
লাও ইমানা তাক্কনি তুগী করি রারুবি।।"
হাযনা চনুবীত্না হম্ন-হম্ন য়েংত্না
পাওখুম সুন্না পিরক্লে। হরাওজরে খুম্নদো॥
নোংম্বাই ঙকপা লোইরক্লে—খুমন মানা অহন্দো

মনাক যোগে হাংদুনা খোংকাপ কম্বৎলবপবু,
ফংবা পৌব নতবে—হিযাঙ্গি ভিল্লাইখোম্বী'
লাংবন থম্বা চাবদা মোমোন রাইসিন-খিবগুন
চংলি অহন পইবীদো খুমন মাংবু থাদুনা।
লোক চাও পনি লাল্লক্রে, পাইথ বোক-পু যোদরে।
"পাবে বেংউ সিদনি" হায়বল্লগা, উখিদ্রে,
খুমন কোযনা যেংববু লাকমিন্নবী নুপী দা।
লোক অসিগী লুখনদা হৌবম্মি, তলা 'ডনবা,
পাকন নংখোংখবা, উনিংথৌ নাচুম্বা 'মা।
থিবে কং। হাদেক্লে নৈলাং 'মতা উদবে।
খুমন থবাই রাখব অহন দুগা উখিদা,
লমদা দুনা তম্বগা, নৈবাংনগা উরক্ত!
থৌদে থাম অসিদা খুমন উপাব নখিদ্রে।
"মাস্তব খুনগী ইমানু" হায়না খম্বা কৌবকই।
কা। ওইবে তাদবে। মতম অসিমক্তদা,
অকংগী খোনফমান ওডকপত্থ তাবক্লে।
খুমন বৈরো হযদুনা কোযনা মন-যেংবলা—
খুমন মগী মপোক্কী লীলা মরম ওইনবা
চেংবাংমবা হলৈনা থংজিং মানা থম্মিবা
ক্লাকতা লমাও অদুদা মালং দাতা খরবা
নুংশিং খল মতাদো শিবতল ব্র, চিং-জোমদা।
থাংজিং চিংথাং তমদোক্কী হাযশিংগী মতানি॥
খুমন মা', উজাওগী মবম থুপকে চংলকই।
ফম্নে উখোং অদুদা। শিংখরেদা নুংশিংতো।
উশা থেকথরক্কদ্র। হাযবদুনা খম্বনা,
উজাও থকতা যেংখৎলি ইডাংডাংমা উরকই।
উনা অশংবদুনা অমুব তন্না খুমাজিনাখ।

খুমন থোইনা খল্লুদে। মালংবনা হুম্বদা,
লৈবাংশিংগী লৈনম্ব য়েবে খুমন নাতোন্দা।
লৈরাং মনম অসিবু কদায়-দনো হায়দুনা
কোয়না য়েংই অমুক্তা ভজরুরে, উথক্তা,
লৈরাং উবৈ মথৈনা পুম্থন্ থম্না শাৎপদো।
লৈবাং লৈরে হায়দুনা নোংয়াই থম্বাই মুংভাইবে।
মুংশিৎতুম্বু নেমখরে উভাওত্তুবু কারণে,
মিংলে. খম্বা য়েংলক্নে। ইজাও হুনা চাওবনা
"কানসিদি লুরদা" হায়না কোয়না য়েংবদা,
হাপ্না চকুপ [illegible]তা [illegible]ই. থাক্ কামুক্ত উবক্লে।
পাখং [illegible]গী চংযামদো মালেম খবা তৌথোক্লে।
[illegible] [illegible] থরমা [illegible] [illegible] খোংচিল্লে।
পৌড় [illegible] অমনা মথকতুদা নস্থিল্লে।
[illegible] অতু খুৎনা [illegible]নাকতুদা যুংলম্লে।
পালেম হুবু য়েংদুনা "পমেন নংবু ইপানি,
পস্থো মরুপা [illegible]ইরম্বা, মমু নমদা পোদুনা
থাগ[illegible] নহাক্না" খুরম্লক্নে উদুদা।
নোংমাই লাইরাক কৎচরে লৈরাং হেকপা কাদক্লে।
[illegible]যাই থাংপ য়েবদা হুমাং [illegible] চোৎ চোৎখরে।
[illegible]পাক্লোমদা য়েংথবু উ অচুন বাংববু,
উখোংতুদা লেছৌবা চাওর-চাওর নুংঙ্গাংদো
[illegible]দিন মমাই মক্তবু পিক্ল-চাওনা উখবে।
মসাই শাওমুবীতুম্বু উখোংতুদা উরক্লে॥
খুমন মানা কৌরকই—"পলেম কৈদা চৎলুরে
কৌব লম্ব তাদম্বৈ"—"নারি' বুংঙো ইমাদি
লোক-তা ঈশিং থকইদো—হেকউ হেকউ কাখৎলু;
নংগী চাননবা হম্বিৎ হেকপিরকই সে,

নংমা কূমথবক্লগা চাও, ইমানা থম্বিগেঁ।”
হায়না লাওই হাওহুনা ; থম্বি উখোং অহুদা ॥
“ফরে ইমা।” হায়রগা উগী কায়োং য়ৌখরে,
হেকলে লৈরাংশিং অহু। “পাবি’বুংঙো লৈ অদো,
থৌহু থক্তা তারগা শিংঙেল মরাক চাম্‌গনি,
ইমা চরৈ তিংথোক্কে সিবু য়েংনা থাদোকো।”
হায়বহুনা হাওহুনা ওবোং কয়া তিংথোকই।
খোংগল, মেলৈ, এরুম্‌লৈ লৈরাং মখে হেক্লকই।
লৈশংগী জাৎতু কয়া মপান মরা লোয়নমা,
থাদবকই ফুকতুনা লোইবে লৈবাং হেকপদো।
হাওম্নুবীনা—“ইবুংঙো ! লৈবাংসিনা শাৎলকপা
পল্থে হাক্তক্তগীনি। কুমজা খুদিং শাৎপবু
লৈরাং মখে হেকতুনা কৎপা ওম্বা মতেদো।
পাখং মংনা লাবইউঙে, ওসি কে.রৌ অসিদা,
পাম্বী মখে অতুগা লোইনহুনা কৎথোক্লো,
মপু কৌবা চোয়োন্দা”—“চুমহই ইমা ইবেম্মা !
হায়রহুনা নোংযাইনা লেরাং ময়াম অহুবু—
কৎথোকখবে মপুদা কৌবৌ মতাং অহুদা॥
লৈবাং হেকপা লোইহুনা কুম্মকপদা উখোংদা,
উখিদবে অহন্দো তাওজিং হয়িং লেরমদে,
চরৈ ওবোং লেবনদে। লৈরাং মখৈ লৈরম্মি
লৈনা ’মতা তেক্লমদে। মপান মরা লোয়মবা
থাদখিবা খুমন্না লৈশং হায়বা জাৎ-তদো
থৌহু থক্তা তাববু মবা ওম্ন-রাইরম্লে।
খুমন ভাবপু তারক্লে “হাও নংতেনা নুপীদো,
খোয়ূম মাবু তারেদো॥” খল্লুরগা খম্বনা
লৈরাং ময়াম লোইশিল্লে। চিংগী ‘উনপ্‌’ বা অমা

লোক্লৌ চেপসি লৌতুনা, পোলাং অমা শাথয়ে।
পোলাং মন্নুং অতুদা কাখন্, কাখন্ খন্দোকই,
লৈরাং মখম্ মখন্না মথং মথং হাপচিল্লে।
পোমাইতুনা, নোংম্লাইনা উয়েল-লাবা কৌরবা
চন্নদবা লৈ ওইবা, অতু মখৈ থংহল্লি॥
খুমন লৈতু পুতুনা ময়ুম মোইরাং পাংলক্লে॥
থাংজিং কোইরেল্ লৈমন্নু থাংজিং কাদা তম্মুরে;
লাইরবদি লমজাবু লৈবাং ফংজহৌরেদি॥
খুমন মাগী মীচংদি চিংউ মনা মীচংনি।
থাংজিং কোইরেল লৈমনা হাওম্নুবীবু ওইতুনা;
নোংম্লাই লৈ-কম অতুবু তাকপিবনি মহাক্লা॥

২

পাইথ লোক-তৈ খুমন্না চিঙথাং চিঙথাং লান্দুনা
নাপোম মতা ফবদা পোংথারুরে ঙাহাক্কং।
চিঙগী মনাও তম্ ওইবা নেম-নেম্ নেম্-নেম্ তাখিবা
কেগে মোইরাং লেপাক্লা শংত্রিক শংনা উরকপা,
তরাম তম্পাক যুম্ লোমদা খুমন্ মিৎমৈ চংখরে।
চিংখুবগী থোংগান্দা কেলি পাম্বী অতুনা,
মতোন পুংবা পামেন্দো থোয়না রাংনা উরক্লে।
কেলী তুনা খুমন্দা -"শাব" বুংঙো নুংশিবা।
থংলেন মাঞ্জ পাম্বুবা লোইবী থক্তা কাতুনা
লৈরাং হেক্কে লেংখিবা ফংঙিগদ্রা লৈরাংবো!
কেগে লৈপাক তিনবদা লেবাংগনি হায়ব-শাই।
মহৌশাদি তৌদবা লমজা ওইবা নহাকপু,
অহল অমা লৈতুনা উদে তাকপিগনিন্নু।
পামেল লৈত লমতুদা কেগে যুম্বী ওইবগুম,

লম্বজা নচেম অত্নগা তানজবা শাবদি,
নৈপাক মীমান্নরোইগো, সিগী ৱাজখরেদা।
খুমন নংগী দমক্তা বাখবেদা ইবুংঙো।"
হায়বত্নুনা কপ্লকপা পান্‌লে তেংথা খোল হুবু,
লোইবী থব-তে নোংয়াইনা কপ্লবপদু তারক্লে॥
সুম্না মায়োক-উবদা থেংনরুবে খুমনা,
মুরা মেলোন চত্নাদো লোথোরক্লে চাজরে।
মণ্ডল মণ্ডল খনখরে। পাখং শৈশক্‌ তম্লরে—
"লমদম তায়া নৈহোৎবী। বাংগোন তম্পাক হা-দবী!
চিংখু-কোমুং-হা কোকপী! ঙসি কোনৌ অসিদা,
থৌত্ন-চেংজ-হুপ্পাইবা চেংজা-কোনখিন থোদ-নেৎ,
লোইবী থক্তা চৎপগী খুম্না মৌবী মবাক চাম;
নাপী শিঙ্‌না মরক্তা চৎলকপগী ৱাবনে,
কোরৌ মঙ্গাল বুন্‌না থবাক নৈশা লাংবনে;
ৱাবকপনা পাখংবু নিপেন তংখাই পোল্লকে।
মুবা মেলোং পান্ন না ঐগী বাবা কোক্তরে।
থম্বাল নশক উবগা শোক্কদবা মঙাইরে॥—"
'লোক্তাক পাংতা চাক ঙাবা পোপী সতে মনাওনা,
ঙান্নু থংগাং অমিয়া, চেকা শদোন নিক্তমা,
শাগন তুফাং য়ৈহ্নুনা; ঙকশম তোংদম তিংত্নুমা
চেন্না সফু কন্নখৈ পাইবগুম্না প্পাইনিংবা,
ঙমখিদবে ইবেম্মা "প্রাণ তত্ত" থোইবি-ও,
মুবা ইবেম্মা থোইবী! থোইবী! ইনেম-মচাও॥"
হায়না খুমন মহাক্না থোইবী কোলোই থানকই॥
নোংবান মানা খল্লুই "চৎপা মখৈ চৎলগা
নৈরাং ফংঙকত্নুনা হুল্লকপদি শোইবোইসে।
শিগ্রবদি শিখবে থাংজিং চিংজাও অসিদা,

লোক অসি নংতনদি ফংগোই লৈবাং কৈদস্থু।
তংঙাইফদবদগী ফংঙকতববদদি,
হেক্লরনি সিদগী অফ ফংত থিদমা
অতুনদি লৈ-শিংসি ফুদংলমগে" হায়তুনা,
চৈঙ্গাও অমা পায়তুনা সংব্রে লোক্কী লৈ মথে,
লৈবাং ময়াম ফুদংপা হোংনরিদো নোংবানদো,
হুমাং তপ্-তপ্ তা-মথে থোকই মতম সিমক্ত।
তাবে নোংবান ইশৈসি সংব্রে লোক্কী লৈফমদা।
"থোইবী থান-শকহংনা, ফব্রেদা খম্ব-সিদে।
ফবে, হৌগে সিদগী, মচাইবেম্মা থোইবীবু,
চিংদা মান্দা উরক্তা শক্লে মমিং থাতুনা।'
হাযগে যুবরাজদ। লংজিম ফংঙে।" হায়তুনা,
ঙাইতুনা লৈরে নোংবান। শাওই থবাই শোক-মথে।
সংব্রে লোকচিন যোবদা উবে খুমন নোংবানবু,—
"ইতাও নোংবান লৈদিনা; লমদম ফমা মকইসে,
থোইবী লমদম ওইবগী লম্বীদদা কোইবনি।
ভারিব্রা ইশৈদো, তাতুম তাবমদনকো!"
খম্লি নোংযাই মচাদো। "ইতাও! ইতাও ইবুংঙো!"
অনিরকনি কৌজবা খম্বা মানা নোংবানবু।
খুমদে নোংবান তুমিন-লৈ। খম্বা "ইতাও! করিনো!
মংনা লৈফম তাকপিরে, চৎচকবে, হেল্লক্লে।
করি শাওরুরিবগে? ঙাইবৈদমক শাওবরা
করিগীনো শাওবিবা?" খম্বা মরা তাবদা—
"ঙাইবই কবি শাওরুনি নংনা শকপ-ইশৈদো
চুমদে, নাবা খম্ব নং!"—"করি রানো ইতাওবু
নংগী ওঝা অমনি—ঐগী ওঝা অমনি
ওঝা ওঝাগী মুক্লি, চুবু কাব শাওরুসি।"

খম্বে মরা তাবদা -নোংবন, খম্বা য়েংহুনা—
"চিংদা মান্‌দা বৈক্তা থাবা যাবা মীরা'দো ?
নংনা মজাইবেম্মবু, থোইবী থোইবী হায়হুনা
শকই, করি—থাহুনা ?" – খম্বনা—"কনানোনে ?
শকচবনা ঐনা অমা, লৌবিরিবা মংনা'মা।
মিংদা মাম্নবমরা, নংনা ওম্নবনুর
তৌবে শোইদে, অমদি!" নোংবান—"ফরে অহুদি,
হল্লো নংগী ইশদো—শোইবে শোইদে খংগনি!"—
"ফরে হনগে কৈদোগে।" হায়না খম্বা ইশৈহ
অমুক লম্না শন্নুকে—"চা, চ' লৈকাই যাংগোনবী,
লামৌ ইনেম মচাও, ঐগী দমক্ত। রাহৌবী।
ঙসি কোরৌ অসিদা লোইবী থক্ত কাহুনা
লৈরাং থিবা চংপদি অরাবা হুইজো লাং,
মুংশি কোংবা লেরিক্তি চান্নবা অসিদা,
চাবে নুরা নহাক্কী মেনোং পান্থ-অহুবু।
হুনা রাবা কোকপনা খল্লুবদি ইবেম্মা !
পাখং অরাবহুবু কোকতরেবো মুংশিবী॥
থম্বান নশক বেগা লোকদোইরে তোইবী॥
সিনি ইতাও কমদোই।"—নোংবান মোকই তরাওই।
"ফজথরেদা ইতাও। তোইবী থোইবী চারেদা।
তাকথোক্লগে ইতাওবু, খোযবনোই, শেংদোক্লগে।"
খম্বা—"হো! শেংদোকউনে। নংমক্তবু ফজদে!"—
"মোংবান—ঐমা শাংদি অতে অমগী নত্তে।
ঐগা চান্নে থোইবীসি মতা ফনা কুইজবে।"—
"ইঃ। চুমই, চুমই ইতাও। লম্বা ভমদে হাই! চুম্মি।
পুক্নিং ইহো হেক তোংদো, কযা মুংঙাইরবলে।
নোংবাম ন, সে ফংখিদ্রে।" বাপাংভক্কই খম্বনা।

নোংবান মানা হরাওবা তরং মালং ওইখরে ॥
নোংমাম্না —"ঐনা লাম্লে, ছুগা, ঐগী থোইবী, কো !
নংগী তোইবী, ভালো-দা । ইতাও-ইতাও অনি'মা,
নচন ইচম অনি'মা । বলিহারী; ইতাওবু !
নংস্থু নোংমা পুরকউ ! ঐ'স্থু নোংমা পুরক্কে,
মতা শান্নহনসিনে ।" হাতা অদু তাবদা
"সতী ওইবী থোইবীনি হায়না নিংই ঐহাক্না,
মেংবান এচিন থিবগী ডাংজবনি হায়সন্নু -
'খমং খোংদা ইঙ্গিংদৈ—পাংযাই কাদা ডাফদৈ
লম্ যাই শান্দা কাইথিংদৈ, মোইবাং লোক্তাক্ লমদম্না,
কেগে তাক্নু-ইথি' কোন, খুবোন ভৌবী মসোই-মাং,
খোংজোম্ন না যিনপং, লুরা তোঞ্জা মখোংদা
সৈত শালা পুরিং নোং, নুরা বাশন্বাস্থু লৈ ॥"—
খনখি খম্বই মবুক্তা থাদোক্নগী কান্নুদা ।
প্রমাণ ওইনা তৌহুনা খংগ খংসন্নু হায়না -
"ইতাও নোংমনি তজো হাই ! বা অমদি হায়রিগে ।
তোইবী অদো নগদি কৈরোই লৈকাই, নকএদো ।
ফুংফাং ফুংফাং ফনজুং চংলি লানহং তরি-হাই !
ফগী কাদি তৌজন্নু । নথ্রই অদো য়াংকোক্তা
খপচগনি নোংবান নং ।" হায়জিল্লুরে খম্বনা ।
'করি বানোন্না ইতাও ! ঐইদু থোইবী, লৈদইবো"
হায়জবসাই নোংবান্দা । হরাওহুনা নোংবান্না
"ইতাও তোইবী মতৈবু" হায়না কোই খম্বদা ।
"পাথৌ থোইবী মতৈবু" হায়না খুম্মি খম্বনা ।
খম্বি পাওখুম তাবদা হরাওবনা নোংবান্দো,
মামোম মোমোন নোকচরে । "ইতাও নংগী লৈরাংদি,
নরি করি তেক্লকই য়েংজগেবা অমুক্তা ।"

"য়েংবিয়ুনা ইতাওবু" হায়রবদা খম্বনা
খুমন মাগী লৈহুবু পোমাইদগী লৈমখৈ,
যেংলে অঙোম মচানা। দুগা "ইতাও,—করিনো
সিদি কৈদৌনগনি, লোইবী উরেল-লাবা ঙাক্,
ঐখোই খোংবান, মক্তদা শাৎলি পিক থনব-মখৈ ;
সিবু হেক্কে হায়র'দি সাইনা ঐঙোন্দা হাযনি।"
হায়রে নোংবান খম্বদা। খুমন মানা "ইতাওবু;
কৈদগীনো মংবু, লোইবী চিংদা শাৎলবা,
লৈরাং অম্বুক যাম্ববু, অ.ঙাম ঐনি হায়তুনা,
পিদবিবা নংনিদা। নোংবান নংগী খোংবান্দা
শাৎলবদা লৈ সনা করম পিক্‌ম পোকইবা।
ঐগীদি লাহরি নোংবান। নিংথৌগী মচা মমাক,
ওইদৌরিবা নহা কৈ, নং চোপত্রগা পোইরে-দা।
রাই -ঐদি নংগীদমক। নংগীহুদুম্ যেংখিগে।"
চংসিন্দুনা খম্বনা যেংই নোংবানগী লৈহু।
খুমন লৈরাং যেংবদা, লৈশাক মীযাম থুংনবা
নোংবান মাগী পেলাংদা নম্মম্বদি লৈরাংদো.
মখা থংবা মখৈদি মহি লাইনা চেনখবে।।
লৈরাং অদু উবদা—"ইতাও নংগী লৈসিদি,
ফরে, মোইরাং থুংঙনি। কোক্ত তাবে কোক চুবা,
ফীদ' তাবে ফী চুবা, নাদা থেংলে না-চুবা;
ফজরেদা ইতাওবু।" লংনবকই নোংবান্দা।
নোংবাম-খংদে অর্থদো। "থেংলু থেংলু মফমদা
লৈরাং চুনরবদি কৈনা ইতাও কৈদৌগে।"
হায়মা নোংবান ঙাওখরে। খুমন মাইদি খংখিদে।

লোইবী মাগীদি মনাও; লমদম তম্‌গী ময়াম্বা,
কেগে চিংখোং য়ৌরক্লে খম্ব-নোংবান কুপ্লক্লে।
চিংগী মচা মমা-লোক অনি সিনা পোক্লবা,
তম্পাক মাইকৈ খুঙ্গোইবা লুপা তাবা তাগুম,
কোলোই তুরেল কৌনবা, লাইজ মাগী মপান্দা;
হিদেন মতা ফবদা তরা চাসি হায়বনা
য়েৌরে তুরেল মপান্দো, নোংয়াই নোংবান অনিমা॥
রাংলেন মিকুপ অমদা পুক্লিং তরা ওন্‌গন্‌বা,
নোংবান লাইবক থিবনা খুমন মাবু য়েংতুনা,
হিদেন মতা ফজবা মপান অতু য়েৌবদা—
"লাইরবদি খম্বনি হাওরোই মাগী চয়োমদি।
লাইরবিদো মচেম্মা পেরুক পেদায় লাংঙিমি।
চাগে লাক্কে হায়গনি চামিংরোই" খল্লক্লে॥
নৈপোন নৈপোম থামবা চরোম থোক্লবদা,
"খুমন ইতাও তাবরা, হিদেন অসি ঐগীনি,
খুমন নংগী হিদেন্না তরা চাকম অতুদি,
মখা থংবা অসিদা নৈরমগনি চৎপিয়ু।"
হায়রক্লেদো নোংবান্না। "ইতাও করি রামোদা!
তাম্মুক চাওবা হিদেনবু চল্লোইদবা নৈবরা,
করি কায়বা নৈতেনা স্নুম্মা চাম্মিন্নসিবা।"
নোংয়াই খুমই। 'তুদনা অমুক হেন্না পাখংলে,—
"শোইদ্রে চাগ্রে চাক অসে, ঐগী ইবুক থল্লরোই,
লমজ্ঞা মাগী চাক-তুদি তুমাই ফৌগাক্‌ ওইরিনি।"
খন্‌থ্রতুনা নোংবান্না—"চুমই ইতাও মাতুদা,
চল্লোই হায়বা রা মস্তে; মীগা লাইগা হায়বসে,
লোন চং ইতিন তিমদে। য়াম্না লুবা রা ওইরে।

'লাইগী লৈ হেকপা' হায়বা থবক সিনা হায়বনি।
থাইনদগী য়ারক্তে লাই গুরুগী মরানি।
য়াদে তিম্নগা চাবা। নংবু পোকপা ইমানগী
চাক চাফমন্নু লৈবনি। মখা থংবা অসিদা,
ইতাও হুদা চাবিক।" হায়রে; থাজে খম্বনন্নু।
চযোম অদু পুহুনা কুমথরকই খম্বনা,
তোংবৈ অহুম মুংদা হিদেন মতা ফবমা
থেংনরকই খম্বন॥ ফজখে হিদেনদো
লাইনা শেম্বা হিদেননি; খুমন মাবু উবদা—
"ঐবু পোকপা পন্নৈদো থোয়ুম লাইবু ওইন্নবোই।
মীনা লাইনা উদনা চিক্ক-চিক্ক মফমদা,
ফনা ফমা থমন্নি। খ্বাইগী মতা অসিগা
ইমান্দবু মান্নদে।" খঞ্জহুনা মপাবু,
ভক্তি কংলি নবুক্তা। লাইজ ইকোই কোয়হুনা,
নুংথৌ অমা লৈরম্মি। কাতি লাকোই য়াংপগুম,
কোইরগা কোয়বা নুংগাক্লি। পন্থৌ মাগী খুবম্নি,
খল্লুবদৈ খম্বনা লাইবক কংলি, কাখৎলে।
থম্মে খুনন চয়োনদো; খুংশা পূম্বা শেংদোক্লে।
চয়োম থোঙ্খে য়েংবদা খুমন ক্বিশি থংদরে॥
নুরা মমেম মচামা 'খংজিল অসি ডাওহনগে,
হুদা থিব থংদ্রগা থাদোই মাবু চৈসন্নু।
মাঞ্জ মানা চৈবদা ঐগী ইশান কোকচগে।"
খঞ্জহুনা য়োম্বনি। চয়োমহুগী লংভিন্দো
ফাভিল্লবকই থেইরুনা। খুমন অসুম য়েংবদা
থংওক্লরে কিশিদো। —"কোক্সু থংশি কদাইনো।
কত্রং থাংজিন ওইবনা পক্সু থংপ য়াদরে।
অহু তংন থংলহু চয়োমলোইদা শোক্লনি।

ওক্কেদকো ইবেম্মো, থাদোই ইনেম মচাও।"
হায়না শাওই থোইবীবু চৈরে অথাপ্পদগী।
নোংয়াই মীনা চৈরকপা ম্বাইহে খুদিং অদুগী,
থাদোই মাগী পাপ্ মখৈ চিত্রগুপ্ত কৌবনা,
ককথ্রে মরান অপুম্বা। লংজিন খংঙকত্রবদা
'চয়োম অদু খম্বনা থাঙৎতুনা লুংম্বদা,
থাদবদা থোইবুদো নাম্থোকতুনা লংজিন্দু,
চোংথোরক্লে, উরুরে, খুমন চয়োম থোকখরে।
মুগা মতুপ তবাবি, হাওগ-লাবাক তাংদনবী,
অনিসিনা য়োম্বনি। ইম্মাং মথন্ মখন্নি।
নোইনিং চেংনা থোংলবা হুইয়াগুম্বা চেং-ভাক্লি।
মখন্ মখম লৌথোক্লে ইকোই কোইনা সিন্দোক্লে,
থল্লোম্বনা পুম্বনা তুরেন থোংনুং অদুদা,
লাকএ চাক্কী মনম্‌দো, অঙোম নাতোন শুমাংদা।
থুংঙে মনম্ পুম্বদো। নোংবান মতু চুংলক্লে॥
"কদাইদগী মনম্মো" নোংবান বাখল্ তৌবকই।
"অতৈ ওইকম থোক্তবে খম্বৈ ওইবা মতাবে।"
হায়না নোংবান থিরক্লে খুমন চাকচা ফম্-হুবু।
নোংবান চংশিল্লক্‌তুনা—"খুমন ইতাও চাবিয়ু,
থেংদে থেংদে হাবিয়ু চৎসি হায়বা নংচদে।
নং উদ্রগা ঐহাক্লে লৈবা ঙমদে হুননি।
ঐ ভাইগে হাবিয়ু। ইতৈমা-ইবেম্মনা,
কবি করি লাঙ্ঙক্‌ই? তরা মথেল্-লুকোইবু?
নিংথিজনা উরেদা।" ভাংই নোংবান মহাক্না।
"কয়া পাংবা নত্তেদা যুগোৎ চাদে ইতাওবু,
লাইরবিদি ইচেম্মা পাংন—শানা শাংবনি।"
হ্য়া খুমজে খম্বনা। নোংবান চাক-তু য়েংঙগা,

খজাই হবাওবক্‌ইবা, লোইবে লৈবা চুমদরে।
নোংবান থুংঙবহুদা চাবমদবি খম্বদো।
নোংবান মমাং অহুদা চাবা হৌখ্রে চাক অহু।
খুমন্‌' হুকই ময়েংই, চাক তু লৌই ময়েংই।
খোংদে হায়দ মডাইবে হৌদোং হবাইমান্‌-ঙুম্ল,
নোংবান মানা য়েংইবা।' চাক-তু তংখাই হেনখরে,
নোংবান মানা অমুক্তং লাওবকপবু খুমন্দা—
"হাই তং। যুগোং চাদেসে! করম মীনো নহাকপো।"
খংপ্রেং খংই খম্বদো। "কবিনো? ইতাওবু"
হংজবকই নোংয়াইনা। "নংবু ফজবিবরা,
নংনা চাত্রিডেদনা লাকএদনা! কদৌগে,
চাদবস্থু তোকথোক্কে! 'চামিন্নসি হায়ববু,
ইতাও চাখিডেংঙাইদকো' অসিদস্থু মহাবু!
ইপা ইমান্‌ অনিনা চংমিন্নবা খুদিংগী
চাখিন্নবা ঙাক্তনি। ঐখোইনিদি কৈদৌই!
ফজদেএ নং অসে! নং খঙে ইতাও খম্বা।"
নোংবান মবা ভাবদা খম্বা—"চুম্মি ইতাওবু;
মাৱোবিন্নু, ঐহাক্‌না হৌরুবেদো চাবদি,
হংগোইবিন্নু চাসিবা! হায়লকপদা নোংবান্দো,
মখুং হাম্ব নংখাদ্রে চোংশিন্দুনা চারক্লে।
খুবাম খুবাম নম্মক্‌ই। নোংবান মতৌ উবদা,
খুমন চাদ্রে তোকথোক্লে—"ঐদি হান্না চারম্মে,
নোংবান চাজবসন্নু" খল্লহুনা খম্বদো॥
লোইরে চাবা চাক অহু, নোংবান মানা খল্লক্‌ই—
"ঙসি খম্বে চাক-অসি চাক্তা 'মনি হাকমল্লি।
মাসি চাগদবদি নিংথৌ মচিন মনাও-ভা
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা ঐমক্ল্‌ চাদরিবা,
লমজা খুবা লাইরবা কনি মক্তিক ওইবগে।"—

নোংবান' খম্বা য়েংহুনা—'ইতাও নংগী ওলিগী
কৈদগীনো চাক-অসে? চাকথোং শেংনা তাকথোকউ।
নত্রবদি য়াবোইকো, গীনম্ গন্নু ঐভোন্দা।"
খম্বা, "পাপী অসিদি পুন্ গনিসে মবুক্ নে,"
চৈরুরগা মবুক্তা—"চুপ্নি ইতাও ইবুংঙো!
লাইরবগী মবান-য়াই, থোক্ ওইদবা চাক-তানি।
কেগে লৈমরোন্ মথৈ চাক-চানৈ হায় ঙরাংদো।
ঐগী ইচেম ইবেম্মা লাইব-মথৌ য়াম্বনা,
ঙমখিদবে চারুবা। ইচেমগীনি হায়হুনা
পিন্ বিরকই শেমহুনা নুবা লুকফম অমবু॥
ঐগীদমক হায়দ্রুনা য়োম্মক্ পনি তরাহু।"
খুমদোরক্লে শাজৌনা। নোংবান থাজরক্তুরে॥
"হৃদি ফরে ইতাওবু, হংবা তাবে ঐহাক্তি,
'য়াম্বা নিঙোল-লাকপদা চুম্নদি ফরেকো।
চুম্মম্ দবা থোক্লদি—ইতাও! য়া কাইনগনিদো;
ওদি হংগদবনি" হায়রবদা নোংবান্না।
"ফনি ইতাও হংবিয়ু!" হায়নরক্লে অনিদো॥
সাহু অমুক খনম্মে "দক্ষিনা তৌবো ইতাও!
ঙসি চাকচা অসিদি অতিং তশেংলবনি।
খংহৌ হায়বা, ইতাওন্নু, সিবু অতিং কৌবনি।
নংগী অতিং ঐহাকনি" হায়রে নোংবান্ন খম্বা॥
খম্ব নোকই। "ইতাওবু তরেং সেঙ্গা য়াওজক্রে,
সিনা সুম্ম' শকপিরো।" হায়হুনা নোংয়াইনা,
মুবা মনেম মচানা থাদোই সনা খুৎহুনা,
তপ্ চবক্পা পাল্ল-দো চহুম অমা পিনরে॥
নোংবান—"ইতাও পাল্ল-সি উরুবদি ঐহাক্তি
কপ্পিংইদা মরুম্মোই!" খম্বা—"ইতাও সোরুম্ন,

লাইরবগী চিঙ্গাক্নি, ফাবুন পুন্না হায়দুনি।"
খুম্নি মতাও নোংবান্দা। —"ফাগি নম্ভে ইতাওবু!
ইশেং শেংবা ৱানিদো।" শেংনা খুম্নি নোংবাম্না।
চুম্লু ইচুম্ চুম্বনি। তাইবংদদি থন খিন্সি,
মঙদে মঙ্মক্লু,—পিজনিংনা তপ্চবা,
থাদোই সনা খুৎকীবু পাপ্-চেনবা নোংবানগী
থাজদেদো মচিন্দা তাখিগনি হায়বদো।
ধর্ম্ম সংগ ওইরুবা খম্বা মপান্থুদগী
সতি মাগী পান্নদো ফংজখরে নোংবাম্না॥
হুম্লু তুমিন তোক্তরে—"ইতাও, পাম্ন অসিবু,
করি লমগী পাম্বনো? হাও অরাম নং ঐগীদি,
মান্দে খুৎতা অসিদি?" হংথরক্লে নোংবাম্না।
"চুম্নি ইতাও মানগনি—ঐগী ইচে ইবেম্মা,
নংনা উরিবহুনি। মজাইবেম্মা থোইবীগা
তিম্নে য়াম্না চানক্লে। মাগী খুৎতা লাক্তাদো,
লোই য়াম্না ইচেম্না। তুনা মান্বনি ইতাও।"
খুম্নি খুমন মহ'ক্না। "নুংঙাইরে ইতাওবু,
অঙোম মৌ, ওইজবদা মতিক চাবে ফজরে।"
হায়রবদা নোংবাম্না, "য়ানিনবা হায়দুনা"—
খুম্নি খুমন্ মতাওন্দা। তুদি চৎসি হায়নরে
নোংবান চাকফম অহুদা লাকএ মরুপ অনিদো॥
নোংবান মাগী চয়োম খরা চারে অহুগা,
শুংনা নম্সিঙ্গহুনা থনম্বনি নোংবাম্না।
খম্ব নোংবান লাকপদা কুপ্শিনবদা থুংরবা,
পেরুক খর চিংথোক্লে। মচিন মচিন অনিম্না
পেরুক মশাং অহুবু চিক্নরগা চিংনবা,
লমজাও ফাক্তি অনিনা মুন্নহুনা লৈরম্লে।

তান্থোকচরে নোংবান্না—"ইতাও চাসি চংঙকউ"
খুমন মামু হৌরকই। "কৈনো ইতাও, তোক্-অসি,
কাকনা চায়রমাগে।"—য়াত্রবদা খুমন্না,
"ওমোরগী নুখাকত্তি, পুনসি হায়না ইতাওবু।"
হায়রহুনা নোংবানদো চাক-তু অমুক চাক্করে।
হায়ে চাক-তুই মহাওনা চংলে নোংবান চাক অতু॥
নোংবাম মাগী পাল্ল-স্থ পিরে খুমন মঙোন্দা।
অস্থম দৌনা অনিদো মরান য়াইদা য়ৌনরে॥
নোংয়াই মমুম য়ৌবদা—"লমজা ইচে ইবেম্মা।
ঙসি লৈরাং অসিবু য়াগদরা য়েংবিবো।"
হায়জররক্লে মচেমদা।—"ইহু নিংথৌ ইবুংঙো।
নুরা মজা ইবেম্মা, থাদোই মানা হায়রম্মি;—
'ঐনা লাক্তি মখৈদি লৈরাং থোকপিরম্‌গনু,
থোকপিরম্না থোক্লগা পুবিগনি পাপ্-অতু
নিংঙোন ঐবু হাৎপগী।' মজাইবেম্মা লাক্লগা
য়েংনসিদো লৈ-অসে।" য়াখিদরে খম্‌নুনা।
লৈগী প্োলাং অতুবু পুসিনখরে, থম্মুবে।
খম্বা মাস্থ হরাওবে মচেম খুজিন অতুদা॥
কোয়ৌ চুপ্পা চংলুবা য়ারহুনা খম্বদি,
পাখং সৌবোন কাতুনা পোখাখরে মত্তমদো।
থাদোই মচা ইবেম্মা, খুংঙয়েদো কান-তুদা॥
"লেংসিনবিয়ু সনাহল! লাইর-খাংপোক সংনিদা!
ননিং খুংঙোই য়ারৌনু।" হায়না খম্‌নু ফীদা থাই।—
"ঐখোই মোন্দুম মোত্তেকতো শাখয়েদা মুংঙাইতে,
তৌরাং ককচা অসিনা ইংজখরে ইবেম্মা!"
হায়না খুমজে থোইবীনা। খম্বা মাম্বা হিপ্পিবা
উৎে সেম্নু থোইবীনা। "য়ারমিনি তুম্‌সনু,"

স্বপ্না খৈয়ে অনিদো।—"সেন্নু লৈরাং য়েংসিনা,
লৌথোকউরো" তাকপিরে। সেন্নু চংসিনখিহুনা,
লৈরাং পোমাই হাইদোক্লে—লৈবাং অদু য়েংবদা,
চিন্নদবা লৈরাংদি উরেল লাবা অদুবু,
পুথোরক্লে। সেন্নুনা পিরে থাদোই খুৎতুদা॥
"সেন্নু অসিরা লৈদে?"—হংবিরক্লে থাদোইনা।
"মজাইবেম্মা অদুনি।"—"য়েংখো সেন্নু অমুক্কা।"
সেন্নু অমুক চংলক্লে। মথক থংবা মখেহু,
চাওরাক-হাইদোক্লম্লগা খর মন্নুং ওইবদৈ
লৈবাং খর শৎকংলে। সেন্নু অমুক পিরুখে।
মজাইবেম্মা"অসিনা"—'মানি হাসি ডাক্তনি।
"কৈদৌননি সিবুদে; সেন্নু চংসি শাওনিংই!
স্বপ্না লৈরাং অসিনা কেগে লৈপাক তিনবদা,
করি হাইনা য়েল্লুবা' শিরেদনা অসিদে।
কেগে মোইরাং খুল্লক্তা শাংলি লৈরাং পিক-থন্না।
অঙোম নোংবান মাগীবু তেম্নবা লৈরাং থিগনি।
নোংবান মমাং তুদবু শিবগা ফরে কৈদৌনি॥
চংসি সেন্নু" হায়হুনা মপু মনাই থোকখরে।
খুমন মাদি, থোদৈদো তাই লোইনা য়েংই তুমদে।
থোইবী সেন্নু থোকখিবা দারি মচিন য়োঁধরে।
মতম অদু খমন্নুদি ঈশিং শোকপা চংখরি।
ফক্লাং শিংখোং অহোবা অদুদগী য়েংঙকই।
থাদোই মখোং নাম্ম-না দারি লৈদা থাংথবা,
সেন্নু মানা মাগোন্দা, মতম অদুমক্তদা,
খুমন মোলাং খদাং সো, থাদোই মাবু য়েংহুনা—
"লেংবিবসি ইবেম্মা। সনা পুক্লিং থুংনবা,
নোংবান নোংবান তাম্নহনা মাগী কোলোই শকপিয়ু,

নত্তিক চাবা নিপানি' মুংঙাই য়াইক ওইরিবা
লোংবানগী লৈ লেংবিরু। নোংবান নোংবান হায়রদুনা
তোয়ন-তোয়ন-পল্লগা সনা পুক্লিং পেনববু
উৎপিরম্ব পামজদে। লেংবিরনা করনি॥"
বাকম অদু তাবদা—"সেন্ন করি বানোনে!
লৈরাং শিবু লোইত্রেকো। ঐ য়েংগেদো অচানবী,"
হায়রদুনা থাদোইনা ইরেন চংথরদুনা,
য়েংই লৈবাং অদুবু মথক থংবা লৈমথৈ
হুন্দোক্লে থোইবীনা। মথা থংবা থাক অমা
য়েংথবক্লে, অদুদা থোংগন, মেলৈ, এরুম-লৈ,
লৈশংলেমচিংদুনা লৈ-ঙ্খদু থেংনরে॥
লৈবাং অদু উবদা—"মীচাও, লুবদি সেন্ন।—
ঙবাং হুইদি তুবোম্বী, তখেন্ খুনু খোংজোম্বী
কুন্গা হঙ্গোই নিংতুবী, এল্লখাদা পাওদাবী!
ঙনা চোপ্হল্লিবানি।" হায়না চেবে থোইবীনা,
মনাই সেন্ন অদুবু। হরাওজরে থোইবীদি।
যমুংদগী খম্বনা—"লিংজেন খাবা ইতাওনা,
খাবম্ তোংজৈ অঙাংবা, নোংবান খুংতা পায়দুনা,
ঙঙ্গল্ অপাবদুদা লয়ি ফৈজে করম্ লাক
যৈরমগনি ইবেম্মা! শাওরম্লনি চৎপিরো।
ইরৈকাইগী মুরাশিং লৈজৈ য়ায়া ঐগী মী।
ইচম্ নংবু লৈবনা লাকপিদরে কনাসু।"
হারকপসি তাবদা শাওখবেদা থোইবীদো।
'লৈকাই কনা কনানো? লাকখিসনু থংগনি।
কবি খনবিরদুনা, থাজবিবি অঙোমদা।
ইচেম্ ইমেম কনাগী পুকথিন্ খোম্মো? হায়বিনু।
মনাও, ওইরুদবগী ইমিং লনবা দোষনি।

ননাই সেন্থু কৌবিনা মুন্না যেংহৌদবনি !
পাথং নংগী চোপকনি দুগী খল্লুবদগী,
ননাও কারঞ্জন লানখিবহু ঙাকপিয়ু॥"
হায়বহনা থোইবীনা সাইনোম লৈদা থাজঞ্জে,
খুমন মাংদা চংহুনা খুরুমজবে মথংদা॥
খুমন য়েংদে থোওইনা, ঙসি কোবৌ অসিদা !
মীনা শাওবা অহুবু খুংনা পায়না খাম্মুবা,
দুম্মু থোক্তা যানবা; পাঙ্গল লৈত্রে থোইবীদো,
খুমন মানা শাওবগা কপ্লে থোইবী অসোমদা।
হাইকেং মুংঙাই-তবদা কেগে লৈপাক কায়দৌবা
অহুগুম্বা মুপীনা লমজা মাগী কমাংদা,
তোল্ল-তার-মচাগুম হিক-হিক কপ্তুনা লৈবা,
সেন্থু মাহু উবদা—"কৈদৌবগে ইবোতোন !
শাওবিমল্লি হাকমল্লী।" সেন্থু রোমদা খম্বনা—
"ঙাংবিরম্থু তানিংদে।" অহুমম্থু চৈবীবে॥
অচুম অরান হাযবদো অম্থুম অম্থুম মুৎলক্লে,
"মিংতা পিবু ভাবদি পাক্তি য়াবা নক্লেকো,"
খল্লক্তুনা খম্বনা ওন্সিল্লক্লে মাইথোংদো।
থাদোই মপু মনাইদা লীরে বারি অহুবু;
নোংবান মানা থোইবীবু, "হৈরাং লোন-চৎনরকই"
হায়বকপদো খম্বনা॥ রাকম অহু ভাবদা,
শাওমন্‌বনা থোইবীদো খাম্বী মৈগুম চাল্লকই।
রাফং'নদি য়াদবা রাফম্নদি ওইবনা,
রাহে তমা অনিনা নোংবান মাবু চৈরগা—
"রারৌবিম্থু ইবুংঙো ! নোংবান কল্লক-কল্লাওবা,
চিঙ্খিহুনা ঙাংবনি।" থেঁমজিঙ্গরে থোইবীনা॥
চাক চাবগী রাহুম্থু তম্মে। থোইবী মাহুদা

"ইবুংঙোনা তোল্লগা মানা চাজখিবনি,
প্রসাদ খুনবা হায়'দুনি।" হায়জম্নুনা নোকচরে।
সেম্নু খম্বা অনিনা নোকই মিং খংনম্নুনা।
"ইচাও চাওনা কপ্লগা ইলাই লাইনা নোকইদা
ইকাইজেদা ঐহাক্তে খিং কপ্‌চেং মনথরেদা।"
লংনরকই সেম্নুনা। "নথৌ নৈতে ওইদবী।"
হায়না খুম্মী থোইবীনা। খুমন মানা—"ইবেম্মা!
লেংখিবদা হৌজিকমক চংখো নিঙোল-লাকপৈদা।
ঙরাং খুম্নক পানাগী নিংঙোল মথৈ চাকচানৈ,
খুম্মু হায়না মেল্লম্মু। তৌঙমদবা নোংবাম্নি
হংলগনি শোইদনা।" তাক্লে মনেম মচাদা।
নিংথৌ মহায়ানীন-চিংবা মীপুম কয়াগী,
লরাং পরেং থরবু লেংলম্লগা থোইবীনা।
"হযেং অসি ইবুংঙো কানিম্নসি ঙাইরমগে"
হাযবম্লগা হুনখবে সেম্নু মপু মনাইদো॥
নিংঙোল-লাকপৈদ্ম চংলে—"কেগে নিঙোল্‌-লাকপও
ংসি কোন্নৌ অসিদা নিংঙোন-শাগন তেংবাংউ।
মোইরাং নোংবান কোংয়ানবা—'নিংঙোন চাকচানবরা?'
হংঙরগা নহাক্লা চানৈ খর হায়বিয়ু।
কেগে নৈপাক অসিদা নিংথৌ মচিন মনাওনা,
পোকই থাদোই ইথন্তা। লম্বী অমা শাহুনা
সিগী লমন শিংগেকো। ওল্লকপদি চহিদা,
মোইবাং কম্‌থোন্‌ কাহনগে।" মেল্লে মচা ইবেম্মা।
নিংঙোল লাকপা থোইবীদা—"য়াম্মা করে ইবেম্মা।
নমাই ঐহাক খুমজগে। সুম্বা মতম অসিবু
কৈদৌঙৈদা হায়দুনা ঙাইরি নমাই ঐহাকসু।"

খুম্নে হরাও হরাওনা।—"য়াকগনু কুইদরে
ঐনা শেমগে মহাকপু" হায়রমগা হনখরে॥
থাদোই থোকখিবদুগী সিকুপ'মগী মতুংদা,
লাক্লে নোংবান অপানবা নিঙোল্লাক্‌পে ময়ুমদা॥
"য়াম্বা! শিঙোল্লাকপবু! ঙরাং—'য়াম্বগী সিদা,
চাক চান-লাক্লবরা খুম্বক নিংঙোন মখৈবো?"
হংই নোংবান. লেপ্‌হংনি। "করিগীনো সেলুংবা?
চানৈ" হায়না খুম্মকই।। "চক্লাক কয়া য়াওবগে?
চাহৌ কয়া হুবগে? ইন্সাং মথেন কয়ানো?"
মথং মথং হুগাইনা হংথরকই নোংবান্না।
নিঙোল্লাকপা—"মাহুদি, করিগীনো সেলুংবা।
ঐদি নিঙোল লাকপনি, ইন্সাং মথেন লাক্লেনা।"
হায়রকপদা নোংবানদো শাওনা ঙাংই থোরকই—
"হান্দক ঐনা হংভিবা ৱারম অসি খঞ্জহৌ,
ৱাখল তৌদরবদি—সেরৌ উচান খাংজনি।
ইন্সাং মথেন কয়ানো?" নোংবান মরা ভাবদা—
"নিংঙোন ইন্সাং মথেন্‌সি নোংবান নংনা থিজঁরো;
মশিং অদু খংলগা চিংখুবদা হংঙ্গংকে।
নোংবান সেলুংফম্‌দগী ফমথোন অমা হাপ্পীগে"—
হুংসিরক্তরদুনা নিঙোল্লাকপা খুম্মক্লে
নংগা মাগা হায়দুনা নোংবান মতৌ উবদা।
"করি ফমো ইয়াম্বা?"—"ইন্সাংলাকপা হাপ্পীগে"
হুম্না ফাগি তৌবিরে নিংঙোল্লাকপা নোংবানবু।
"নিংশিংবিয়ু মথেন্দো ঐ অমুক লাকখিগনি"
হায়রমদুনা চৎখরে, নোংবান ৱাখল তৌদুনা
লক্কা মতুং ওইখরে চেংগে পাংনা চৎলকই।

৪

# ( ফী য়াইবা )

হয়েং লৈরাংগদবা ঙসি সন্ধ্যা মতুংদা
খুমন মাগী কোম্হোংদা লোংবাম মখোন ওন্দুনা
লাওগ্রে খুমন তানবা—"হয়েং থাংজিং হরাওবা,
চাকতান ফিদাম্নবনি কোনয়েং লিক-য়েংনবনি।
কেগে মোইবাং লম্বীদা থাংজিং লাইগী স্ময়াংদা,
যাদে ফীমান্নদবা। চাকতা ফীদারবদি
চংপা যারোই লম্বীদা, ফম্বা যারোই লাইমাংদা।
ঐগী লৈতে বাইফরোই ঐগী হেল্লি পিফরোই।
মপু সনা য়াথংনি। তাদবস্থু তাহোরো,
খদবস্থু থংহোরো তাদে থংদে হাযগনি।
থোওইদবা প্রজানা অকবা দণ্ডি ফংগনি।"
খমনু শিংজা লৌশিনগে থোরকপদা তারুরে।
"করি য়ানো" হায়দুনা খমনু মাদি পাখংলে,—
"মাইয়াং ইবুংঙাইবাও! করি কম্না অমৃক্তা?
চয়না হংই খম্নুনা। মখোল থংখরগনি
খল্লদুনা নোংবান্না—"কেগে স্থপী! মনাইরা?
মকেক্তা নম্বা থেৎত্রা? তাদ্র তোকচৌ" হায়রম্মি।
নোংবান মখা তারমদে। খম্বস্থু তায় ইমুংদা।
ছিঃ! করিনো য়াসিদে!" হায়না মরু লুকথরে।
খমনু ইমুং চংলক্লে।—"ইদু নিংথৌ তাবরা?"
"তায় ইচেম্মাম" হায়রগা খম্বা মখা তাখিদে।
'ন্তোকপনি ইবুংঙো! লাইরবগী থোং-কক্লে"
খেত্তরকই খম্নুনা। "লাইনা তম্বা লাকনি
নিরুনু ইচেম্মান!" থামজৈ মচেম অহুবু।

"য়াদগনি কবম্বা রাইবস্থু য়ানদবা,
নংগীস্থু লৈজদবা! করম দৌনি ইবুংঙো।"
হায়রক্লে খম্‌ন্নুনা। "য়াবিখিন্নু ইচেন্মান!
কেগে মোইবাং অঙম্বা, মিংথৌ য়াঙনা মসিবু
থাজজদে ঐহাক্না হায়রমগনি হাযবসে।
ইকু ইবাই তারিনি অতৈমগী য়েংঙন্নু
লমজা ঐখোই য়েংদুনা রাফম অসি য়েংকনি।
বনাওম্বা মীমনা ঐবু নংলসম্নুদী,
খল্লদুনা হাযবনা! অওইবা ওইনি হাযবা;
থাজ্জদে ঐহাক্তি।" হাযরুরগা খম্বদো,
লৈবে খঞ্জানদুনা॥ খম্‌ন্নু মানা "ইবুংঙো,
কান্নবরোই অসিনদি, স্থুন্না খঞ্জানদুনা।
থাংগবাকপা অঙম্বা, ইপায মকুপ ইপানি।
চৎসি চরৈ বাইরুসি।"—মচেম মরা তাবদা—
"চৎমিংদেদা ইচেন্মান; থাংগরাকপা হাযবদো;
ঙাংনৈ কৈবোই লৈকাইনা হায়নে যাম্না পিগন্দে।
অসোন অন' ফাওবনা চাক্লি ফীমি হংগোইনে,
মতা চাদ্রবদিমে ফনা থিনা হায হাযদা।
চৎকন্নুসি ইচেন্মান।" খম্বা মাদি যানিংদ্রে।
মদুমকপু মচেম্না ইদুনিংথৌ চৎসিদা,
ইপায মকুপ ওইরনি ইচেম খংই কাইবোইদা।"
হায়রবদা—"অদুদি চৎসি খব থেংলগা
তাখি খংখি যাওবগা ফত্তে ইচে॥" হায়দুনা
খম্বা ঙাহাক তুম্মুরে। খুমন চম্নু মচেনদি
তুম্বা লাকপা য়াখিদে রাবা ঙমথৈ লৈখিদে॥
নোংয়াই চবুক মক্তদা মচেম দুনা মাংদা থা,
খুমন তুংবু ইন্দুনা লাক্লে থাংগরাকপৈদা॥

ম্যাংগোন লাংবু য়েৌবদা—"ইন্নুং মতম ওইবনা
চিংনগনি ইবুংঙো, নিপা খোন্দি তারগা
মীবেন পাবোৎ লোনববা ইচেম কৌগে।" হায়হুনা
লাইরবীদি খমনুনা—"পলেম পম্থৌ অনিমক!
ইন্নুং তুমখুনবিববু খোয়েন মীকপ থোকপিরো!"
কৌরকপদা তাখবে। থাংমৈ ইঙান ভাল্লম্মি।
থাংগরাকপা মপানা—"নুপী খোন্নি কনানো?"
—"হোযশে ইবুংঙো মানি, নুজা মখোন মাল্লিদা"
হায়না ভাংনৈ অনিমা থাংগরাকপা থাংগ্রাকপী।—
"নুজা নংবু কনানো? থাংগরাকপা হংঙকই।
"লাইরবী লমজা লাকই থোংজি নাতে কাংবিয়ু।
ঐনি ইমা ইবেম্মা!" হাযকবদা খমনুনা
হাংদোকপিরে থোং অদু খমনু চংলক্লে।
"নিংথম চংবী লাবাকখাই চাদ-উন্গন্ হৈগুম্বী!
কেগে লৈবাই খুদিংদা তরা চম্মিহুনা চাই
তাইনে, ইমোম ইবেম্মা নংবু খমনু ইমানা।
কোয়ৌ অমুক কুইববু নোংমতবু চংলক্তে,
ইমা লৈবি হায়ববু কাওরুবরা মহাক্তে!
ঙসি তাংলৌ থেংবদা ইন্নুং নোংয়াই চবুংদা
নুজা নংনা লাকপদি, ইমা লৈরি হায়ববু
খোঁয়েন মঙ-ফাওনববা, নিংশিংবগা লাকপরা,
ইমোম ইবেম্মা নংবো।" হায়না খমনু মচাবু,
থাংগাবাকপী কোন্দুনা পলেম মিংতি অনিদা,
তরং লাইজ ইবা হৌ চিংশিল্লকই ইমুংদা।
মচে মাংদা থাখরে খুমন মাদি লৈহৌরি,
নাঙ্গোল লাংদা লেপতুনা—"ইদু নিংথৌ চংঙকউ

পলেম পন্থৌ মরান য়াই হল্লোইগনু ইবুংঙো।"
খম্‌নু মানা কৌরকপা—'ইচু নিংথৌ' হায়বা তাবদা,
'ইচেম্মান' হায়না হেক খম্ব খুম্মকপদা;
থাংগল্লাকপী মমাদো থাদোক্লম্লে খম্‌নুবু।
"পাম্নি নোংয়াই শাজোবা নংস্থ য়াওরকইবে াইয়ে।
খংউদেনা ইমাদে!" হায়না চেম্থোকখিছুনা,—
"খোম্লাং মমৈ থক্লবা, নচেম হান্ন কৌরুরে,
নোংয়াই খুদাং পায়বনা, খোম্লাং ইনবা শক্লেদো,
কৈরা থক্ত-পম্বস্থ, খম্বা! ইমা ওইগেকো!"
হায়রদুনা থাংগ্রাকপী খম্ব মাবু চিংশিল্লে॥
খুমন মবুক অদুদা চিংবরম্বা অপুম্বা,
পলেম মতৌ উবদা পুমকোক ওইনা কোকচরে,
হরাওজরে লমজাদো মবুক অদু ইংজরে।
থাংগরাকপী মমানা খম্বা খম্‌নু অনিবু,
চিংশিন্দুনা ফম্মনবা, কপ্লকপদু উবদা—
"করিগীনো নহাকপো কৈদৌদুনা কপ্পগে!
হায়যু কনা কনামো ঐবু লাম্বা ফংদরে।"
থাংগরাকপা হংলকই মাগী তালোই কাদুদা।—
"কেগে মোইরাং ফম্নাইবা! কেগে সান্না ওইরবা,
খম্‌নু খম্বা অনিনি। কাওম্ববরা নহাকতে!
ইবুং পুরেন অহোংবা, ঙাম্মৈমা ইতাবু!
নতাও দুনা থনম্বা নচা অমি অদুনি॥"
তাকচখরে থাংগ্রাকপী মপুরোইবা কাদুদা।
থাংগরাকপা মপানা—"পারি খম্বা খম্‌নুও
ঙকউরেনা ইপাদি—নুংঙাইরেদা ঐহাক্তে
ইচা অমি উবদা।" হায়রকপদু তাবদা
খম্বা মচিন মৌপুবা নুংঙাইবা ঙনখৈ লৈত্রে।

"ইনুং অথেংবসিদা, নহোয় অনি লাকপদ্রি
কেগে মচা কনানা, লাকচ খুত্নম চনবগে ?
হায়্‌ হায়্‌ ইপাদা।" হায়না হংবিরদুনা,
ফমজাওদগী হৌগংলে। ফম্লে খোংগাং মাগীদা
তোংজৈ থবুং শাবদা খুদোং কাংমৈ খুদুনা॥
লাইরবীনা খম্বনুনা মালেম লৈকাই থক্তুদা,
তাংজ লৈদা লুক্তুনা লয়ি কৈজৈ' চিংদুনা;
খুমন মাস্থু লুরেল্‌-লুক, ফম্নে মচিম মৌপান্থু॥
"হংগোইগম্থু ইবেম্মা। নোংমাই মচিন নৌপুরা!
পম্থৌ কাদা হায়জোদো" হায়বিরকই থাংগ্রাকপী।
খুমন লমজা মচেম্মা—"পলেম পম্থৌ অনিমক
নচা অনি লাকপদি;—খুমন মচা খম্ববু,
লৈরোই মকোক ওইজবে। ওরাং লৈরাং হেকউরে,
ওসি ইমুং ঙানবদা লৈরাংগনি হায়দুনা॥
অসাই সন্ধা মতুংদা 'কেগে মোইরাং লমজাওদা
থাংজিং লাইগী স্থমাংদা, চংপা, লৈপাক ফম্বদা,
ফীজেৎ তোনবা মীদুদি খুঙ্গোইনমি, চোপচনি।
চাকতান ফীদানবনি, চিংথোক্কনি কন্ধাল্লোই'
নিংথৌ পাওবু চেল্লরে। ননাই ইপুরা মাগীদি
করিমতা লৈজদে। চংদবস্থু য়াদরে;
য়াওরবস্থু কদায়নো। কেগে লৈপাক মমাংদা,
চিংউ থাংজিং লাই-স্থমাং, মচায় শিকম ওইদৌরে!
পম্থৌ খাংচেৎ অমনবা চরৈ'মতা য়েংদুনা
পিমবিয়্‌ খম্বগী। কেগে মোইরাং কনানা,
উগ্রবস্থু কৎলোইদ্রা! 'থাইনরোই পিকমোইস্থু'
স্থমস্থু হায়না চেল্লি। অসিগীস্থু কিদুনা,
ইমুং মমৈ ওইবদা চরৈ থাইদি হায়দুনা,

লাকচবনি।" হায়দনা হায়জরক্লে খম্বনা ॥
খম্বনুই মরা তাবদা থাংগরাকপা মোক্লকই—
"ইপাইবেম্মা! -নুংঙাইদা! চরৈ ৱাইগে লাকপকো?"
"ইপাইবুংঙো" হায়রদুনা খুম্মি খম্বনু লাইরবী!
থাংগ্রাকপনা—'ইবেম্মা! নচিন নোপুঁবা গুম্বনে,
লৈতবনা নহোয়গী চপ্চাবা চরৈদুদি,
থোক্লরোইকো ইপায়দা। ইপায়দা লৈবদি,
নমাগীগা ঐগীগা, সুম্বা চরৈ শাক্তনি।
অদুগুম্বা ফীদুমক ফী অমগী মমন্না,
মরিং নাইপুম্ অমগী মমন্দগী হেনবা শাক,
লাংগোই 'মগা শিন্নরে চরৈ মাম্বা মহেনবা।
মচু মখম্ মখম্মি য়াম্মি ইপায় চরৈসি।
তাবু নিপান লৈরিবা; মথুম খুম্বা য়াদনা ॥
মাসি পুথোকহল্লগা চাইখাইদুনা ফী অদু,
নংনা নংনা পাম্বা খলহনগদবনি ইপানা।"
ৱাহৈশিংসি তাবদা লমজা হুরাওগ্রদুনা
"ইপাইবুংঙোই কৃপানি" হায়না খুমজে খম্বনুনা ॥
থাংগ্রাকপনা—"ইবেম্মা! নংবু পোকপা পুরেনবা,
ইতাও লাল্লোই ফম্লাইবা ইচন নমা ইবেম্মা!
অনি দুদি লাইনিদো কেগে মোইরাং অসিদা।
ইপাখোইদি মনাত্তপ্ কৈম্নু লৈতে, ফাগিনি।
ঐগী সুম্বা চরৈদি লখা কোটি কয়ানি।
কৈম্নু থনমত্ত্রবরা?" হংবিরক্লে খম্বনুদা।
'ইপাইবুংঙো থনমত্রে" খুমজে খম্বনু লাইরবী ॥
খম্বনুই মরা তাবদা থাংগরাকপা অঙম্বা—
"পোকপা মচা মক্তী ফাও তম্মদ্রবা সিদবু,
খোইখাইরবদি চম্বই! তেঁদনকো!" হায়রক্লে॥

বাহৈ অসি তাবদা লমজা থম্মোই থুকথরে।
"চিংজিন চবী মতমদা, কম্‌দি নমায় মফম্নি;
মুপী ওইবা মরমগী, হাপই কমসি নপাদা।
লাংবন হায়বা থাহুদা থিন্দোকপনি কম অসি।
অচা চাদ-মরোংলৌ ঐগী ইয়ৌ মঙানি।
ঙমই চাওই হায়তুনা পোইমু হায়বা থাহুদা,
মনাই মশন পুরকই, লোকখি, মুনখি, নপানা।
নমাতুনা মতুদা—মীনা পানবা মরৌনি,
লোকখিসমু মহৈসি, লৌফমসিদা মবৌসি,'
য়ান্দে মাথং অমা কাও। নমা তুনা থৌদোংই॥
সিংশিংলক্লে মাতু ঐ, চন্দোন্‌ কীদৈ অমা কাও,
পিনিংদরে নহোয়দা। পুকচেন কত্তে মপাদো,
মপাহুগী মচানি নমা তুনা পোকপনি,
পুকচেন করোই নহোয়সু থাজজত্রে ঐ সিনা।
লৈপাক নিংথৌ মাথংনি 'পিকরোই মাইনকরোই,
হায়' পাও চেল্লি হায়রগা কম্না কী মাইবিরম্নি!
হোরেন তাকথোকপিগেবা? নংহনবিগে তৌবরা?
ইমুং মীখোম তাম্বদা, লাকচবিগে থন্দুনা,
থল্লে, লাকপিরবোইনা। ফি পিবদি হায়রুমু,
কম্কম্‌ কাওবা মাইভৈগে নিংলে ঐগী ইবুঙ্গা।
খিল্লে থুমা চংপিগ্রো॥" হায়বিরেদো খি'মথৈ॥
থাংগরাকপা অঙম্বা, মাগী বাহৈ রাহৈগা
লমজা অনি থমোইদা মৈমা হেক-হেক চুবগা
চপ্‌ চপ্‌ মামখিবনি। থৌদোক অনি মামনা
চারবমু থোকপদি; লীব-ইব মতমদা
য়াদবনা মাসিদা, ইরে, লীরে শোইদনা
অকোন অহান মাইগুম্না॥ লমজা অনি মবুঙ্কি

মুংঙাইতবা মৈনা চাক, থাংগরাকপৈ পাওরোম্না
ইন্দ্রি মৈতান ওইহনা তাবে ইমুং অহুদা।
রাহৈ খুদিং খুদিংদা, তাসেংন খংনিং-তাঁহনা
ফাওনা কাওনা লেংবগুম খাংবা যাদে অনিদো।
খুমন চন্নু কপ্পনা স্বোব খাংতপ্ হোনখরে।
নোংযাই মচা শাজৌদি কপ্পা লাকপা নিংশিংদে।
খুমন মথা চিকহুনা চিনবু লৈবু ফারকই।
লাইববীদো খম্নুনা —"খঙে পম্বৌ ইবুংঙো!
খুবাক খুনম্দনিকো মীওইবা হাযবসিদি।"
হায়না খম্নু হৌগংলে। থাংগরাকপা মাহুদা—
"মানি খম্নু খংবোইরে, মংনা ঐদা ফী রাইবা,
সিনি খুবাক খুনমদো। চংলো চংলো ঙাংঙনু"
অমুক মথা তাবিরে। খম্নু মপাম থোরক্লে।
খুমন ঙাহাক কমথবে ফুক হেক্তি হৌগংতে।
মচেম মতুং অদুদা খুমন মফী কল্লম্লে,
হৌগংতুনা থোকখরে নোংযাই তাংজ হাযহুনা॥
থাংগরাকপা শাওহুনা মী উশিংদে হাযহুনা
হৌগংপদা, থাংগ্রাকপী খ্বাংগী পঞ্জি কোন্নুনা
খামগ্রে মপু-বোইববু শাওই মাগী তালোইদো॥
খুমন মানা শাওহুনা থাগ্রাকপগী উখোকতেন,
ওইথংবদি লেংদোম্না ঙারম্নগা চংখবে॥
অহুক চাওবা যুমজাওহু নপত্রেগুম্না হাইখরে।
যুহাবারে হায়হুনা থাংগরাকপা লাওরবই।
মনাই মশন পুক্লরে, কম্নো কম্নো হায়নরে॥
থাংগরাকপী মহাক্না— "ঙসি যুহারাবদি,
খোমুল মানা নহেদো, যুরেঙ্গম তুমিকম্পা,
লাসিনিদো খংবিয়ু। হাযজবদি ঙমজদে,

ঙসি য়াম্না চুমখিদ্রে, ঐমকপু য়াজনিংদে।
পিনিংদরে মতোকসি করি তৌজরগনি।
মীগী মপা মমা পল,, করি পাওরোন থাবিবা!
তোম্বদি জীবনি করি খংদ' অঙাংনি।
ঈ মতুম্ন ওইদুনা লৈহৌবদি খম্বদা
করি থিনা হায়বিবা। করি ধর্ম্ম কৌবগে।
নপাংগনম্মু য়াওদরে. খম্বা ইথৎলকপনি।
অথৌবগী মচাদি অকনবদি অঙাংনি।
মানা'খোইবু শাওদুনা ইল্লম্বদা, য়েংবিয়ু,
যুম্বারারে হায়রিবা খুমন মাগী পাঙ্গলসে।।"
শাওরদুনা ভাংডাই নপুরোইবা অদুদা ;
লমজা অনি অদুগী নুংঙাইথিদ-খন্দুনা,
লমজা ওইবা অঙাংবু নুংশিখিবা অদুগা,
মপারিদি লৈতবা মনোম অমা শাৎতবা,
দুগী খোয়বু নৌবনে কপথ্রে থাংগরাকপীদো॥
থাংগরাকপা অঙম্বা—তাংজ লৈদা লুকতুনা—
"কদায় য়ৌথ্ররিদগে কৌবা তাররোইদবো।"
নুজা থাংগরাকপীনা -"কৈদগীনো ওইররোই,
খুমন খোইগী লিংজেন্দা কৎলুদুনা লৌররোই।"
হায়না ভাংই নুংঙাইতে। নুজ মদোম লাঙহৌই।
লমজা মচেম খমম্নুদো অহিং তাংলো অদুদা,
মোইরাং লমজাও অদুদা হিক-হিক হিক হিক কপ্তুনা,
হম্লে লাইর শংদুদা মৌপুরাগা লোয়নবা।
"করি কপ্ই ইচেম্বন! মাগুম্ববু করিনো!
রাইন হৌনৈ পিদরে হায়জসম্মু কৈদৌনি।"
অসি হায়না থেমজিল্লি নোংয়াই মবুক নিংদদি,

চাকই মৈগুম শানবু খুমন লৈবা ওমমক্তে॥
য়ৌরে খুমন ময়ুমদা। খমনু মচেম লাইরবী—
"ইহু নিংথৌ ইবুংঙো! মহা য়ানি হায়দুনা
লৌদবনা ইচেম্মা পলেম পম্থৌ অনিগী
মিংবু যোল্লে ইচেম্মা! কাওবা য়া'রোই ঐহাকত্তি।
খুংদা য়েকপা ময়েকক্তুম, পক্লে ইচেম ইবুঙ্গো।
পলেম পম্থৌ অনিনা লৈরিঙৈদা মহোয়বু,
হৈ'ম লৈবা চামিন্ন. লৈ'ম লৈরা চিম্মিন্ন,
উহোইদো। ইচেম্মা, অদু খল্লুবদগী
চংউবনি ইচেম্মা।" ঙাংলদুনা কপ্লকই
মৌপুরাবু য়েংদুনা 'রা নুংশি তেংথাদুনা॥
খুমন মচেম য়েংলগা—"কবি য়ানো ইচেম্মান!
করি অদুক য়াবগে? নুংঙাইতবা ঙৌকনু।
য়াদুনা ঙাক লৈগদ্রা ঐগী মতম লাক্কনি।
লাইর-পাম্বি থাবরা; ইনাক খুনবা মউবু,
লিংববনে ইচেম্মান। ঙসি থাংগরাকপনা
অচুম্বনি হায়বদো। ঐগুম্বনা মঙোন্দা
চবৈ য়াইবা। কৈদগী! হৌনবরা ইচেম্মান!
ইপাদুগী মচানি ইমাদুনা পোকপনি!
'অরাবা মতম শাংদে নুংঙাইবা মতম কুইদে।'
থোকপা থোকপা লাক্কনি ভুম্বিকরে।" হায়রদুনা,
নোংম্রাই মচেম থেমজিল্লি। খুমন মানা ঙাংবদা
মিংত্তি পিগী ইরাহৌ, নোক্ল নোক্ল ঙাংবদো,
উরে খমনু মচেম্মা। খমনু মাদু উবদা,
হান্না য়াবদুদগী শরুক লক্ষা হাপখরে॥
কোয়ৌ নোংগাখরবা ঙাম্বৈম পুবেম্বা,
অনিম্বু কৌদুনা নোংখোংবগুম কপখরে॥

মোংয়াই মানা "ইচেম্মান! কপ্লগন্নু কৈদোগে।
সিগীদমক হৌনদে! কৈরোই লৈকাই তারনি।
ইন্নুং থেংবা অসিদা ফৎতরেনে কৈদোগে।"
হন্ন হন্ন থেম্বদা খম্ন্ থাম্বা য়াখিত্রে।
অঙাওবীদি ওইখরে—"হা ইমা ইবেম্মা! হা
ইমা! ইমা" হায়রুনা মমাই ফমেন কাহুদা,
ঙাম্খরৈমা মমানা হিপ্লম্বদি কাংথোন্দো,
নুরা খুৎনা য়ান্নুনা মালেম লৈদা ফম্লগা,
লুতুং তাবা শমহুনা মনম হুদা ইচাই চাই,
নুরা শমদোন অহুনা মালেম থক্তা অমুক চিং,
নুরা লৈরাং মহাক্লা কপ্লিবসি উত্রবোই॥
লমজা নহা অনিদি মথোন কাবা ঙাক্তনি!
লৈবাং মামা হেন্দেদে৷ হৈরাং মানা নমদেদো!!
নৌজরবা শিংসিবু থাংহৈদবা লাইরবা,
ইরৈ থক্ত কন্নিগী থাদবিবা নহাক্লা।
পলেম পম্বৌ শেৎনবা মৈনা করি চুবিবা!
মীথোই মীহেন শেম্বদা খোয়ুম করি নথৌনো!
'কাংখ থাংগুম তাহুনা লৈহনদবা কবিনো!!
...ানববু নহাক্লা খোয়ুম কৌবা। শেম্বরা!!
...চেম মতৌ উবদা 'রাবা অতৈ কাওখরে।
...ুমন মানা—"ইচেম্মান! তোকপিরোনে কৈদোগে
...ংনা তোকউ য়াদ্রগা খুমন ঐদি লৈররোই,
...ংগী নতৌ য়েংহুনা লৈগদগী শরুক্তি॥"
...হৈ অসি হায়বদা খম্নু হিক-হিক লাওহুনা,
...ৎম্না খম্বান অনিদো চবৈ কীজিনদি খুম,
...ুনু মীকপ্, তানখরে, খুমন মতৌ উবদা॥
...চেম্মাম হিপ্লিক্লরো" হায়রম্লগা খম্বম্ব,

পাখং থোঁৰোম কাতুদা খুমন শাংবা যাত্তাখ্রে।
পাখং মবুক অতুদা মওন মওন খনখরে।
"নূৰা ইচেম অসিনা চংথোক্কনু হায়বদি,
সিগীদমক হায়বোইরে, খুমন ঐদি ওক্কেদা,
ৱায়েদকো ইচেম-সে। ঐনা ৱাহল্লবনি।
হয়েং অসি ঐহাকপু চিংথোক্লনু করেদো।
কেগে লৈপাক অসিদি লাইয়বদি লৈফদ্রে,
কংলা ৱায়েন চুমদবা চুমথোক্লমগে; অতুগা
লমজা ইচেম পুত্থনা লৈপাক লান্ন চংখিগে।"
খুমন অসি খন্দুনা 'অনৈবদা শেংলগে'
খম্বা মবুক লেপখরে; থমোই নুংঙ্গা কনখরে।
নোংয়াই ৱাখল লেপ্পদা তুমথখরে খম্বদি,
নূবা লমজা অতুদি তুম্বা য়াদে অহিংদো।
কম্বী থক্কী লেয়ৈঙ্গুম ইন্দ্রি অদু চাকখরে॥
"হয়েং ইম্মুং ঙাননদা লাইববা ইপুৱাবু,
কেগে থাংজিং মস্থমাং লৈপাক মীয়াম তিনবদা,
ফীমান্নদে হায়দুনা খুমন খুঙ্গোইনরনি।
লনজা চোপ্পা তারেকো করম্নোনে ঐহাকপো।"
খল্লুবদা অসিগী খমন্নু তুম্বা য়াখিদ্রে॥
অসিদসু নংনো—"চরৈ ৱাইবা চংপদা,
পলেম পম্হৌ অনিবু চেহৌবদো, ঐননি।
লাইরৈপাক্তা তারিম্নি খমন্নু পাপচেনবীনিদা।"
অসিমগা খন্দুনা পিগী কংবা লৈতরে॥
পুরেম্বনা পাল্লম্বা নুংঙাইরম্বা অপুম্বা,
মথং মথং নিংশিংই খমন্নু মানা খংহৌবা।
নুজা লমজা লাইববী মকোক পুবা ঙমদরে,
নুরা মোলাং ঙাইখাংনা শাইনোন্ পি-না থুম্মক্লে।

ইমুং মমৈ অতুদা খম্নু শাংবা য়াতারে।
চরৈ রাংশপগী 'রাবা ইপাক অতু লাল্লক্লে।
'দোমগী রাখল মাংখরে, রাখন রাকয়ে তোংহনা
ইরাংমা অমা লাল্লে। খোম্লেল লৈপাক মোখরে॥

পম্খৌ ইপা ইবুংঙো পুরেনবনা ফমেন্দ,
নুরা অঙাং ওইরিঙৈ, খম্নু মাবু পম্হনা,
কংলা খোংগুম্নকপদা ফম্বা অতু উরক্লে।
নোংয়াই মৌপুরা অতুবু মমাহনা পম্হনা
খোম্লাং মায়োক্লবস্তু নুজা হুস্তু উরক্লে!
কংলা খিচারতুদা অসুম অসুম তৌইদো,
রাবি শারে মপানা। থাবুম অহুম সুবদা,
ঙাঙ্খরৈমা শিংখিবা খম্বা, খম্নু, পুরেম্বা
মপা মচা অহুম্না রাহৌবসু উবক্লে।
মতুং খুর লৈরগা নারে পম্খৌ মপাদো।
নপায় সংগাই অচৌবা লৈপাক মীয়াম তিনখরে।
নোংয়াই মচিন মৌপুরা নারা পিশক অনিবু,
চাওবা থোংলেন আনিগা, অনিগী তালোই অমি,
মরি সিদা সিন্নবা খম্নু মামা কপচবা,
অসি ফাওবা উরক্লে। মপায় মরন মথুমদো,
পরেং পরেং পুথোক্লে থোংলেন মখুৎ অতুদা
লোইনা পুম্সিন সিন্নরে, লৈখিদবে পুরেম্বা॥
নোংমা, মচিন মৌপুরানা থাংজিং হরাও' চৎপদা,
লৈত্রে চরৈ শেংনবা হায়রহনা কল্লকই,
পলেম পম্খৌ লেত্রবা লমজানিদি হায়হনা।
রানা রানা তুম্বদা অহিং মমং অতুদা,
মপা মমা লাক্তনা—"পারি ইমোম অনিবু,
করি রাক্লরিংগে, ইচা'নিগী রাংতামা,

তাবু লুপাক কয়াবু থনম্বনি থোংলেন্দা,
লৌরু শেংলু।" হায়রম্মি। লৌরুই শেংলি চরৈন্থ,
চরৈ ফংলে হায়হুনা হরাওরম্মী খম্নুনা॥
খম্নু কুইনা হরাওদে থোয়েন লৈপাক অহুদা
মিকুপ অমা ফারুদে ঙাহাক হরাওরুরগা,
অমুক তন্না হল্লক্লে। নূরা মপি কংলমদে॥
"ইচু নিংথৌ হৌগংলু" খুমন মাবু হৌদোক্লে।—
"পলেম পম্থৌ অনিনা চরৈ মরোন থনম্মি।
থোংলেনবদি ইপাদা লৌরুসি" হায়রক্লে॥
খুমন মানা—"ইচেম্মান থোংলেন হায়বা অতুদি
হায়নৈ য়াম্না শাথি-হায়, কৈদৌঙৈদা পিরকওই।
মাবু ইঙাং ঙাংনদে থাংনা হেক্তা য়াম্লি হায়।
মতম অম্মুক কুইথরে—নোংমতবু চংউদ্রে।
কনানবু মঙোন্দা ইপানা ফি থনম্মি
পিয়ু করম হায়রুনি লৌরমুসি তোক্লসি!
ঐদি ঙম্মোই ইচেম্মান।" নোংয়াই মানা য়াদরে।
'করি ৱানো ইবুংঙো! ধর্ম্ম লৈবা ইপানি,
মাহু হায়মোই লৌরুসি—ঐখোইগীনি হায়নুসি,
চুম্না ৱাইগে হায়সিনে, চৎসি লাকও থিল্লনু;
ইনুং ঙানখরবদি হুনা থোইনা ফংতরে।"
মচেম'মরা তাবদা খুমন মানা পামদরে;
থাংগৎরাকপা অহুনা খুমন থিনা হায়রকপা,
অহুদবু খন্দুনা কাওদে নোংয়াই মবুক্তা।
খুম্মিংববু মচেমদা খুমন খুম্বা ঙমদবা,
ৱাদি মথা তারুদে নোংয়াই মচেম কিহুনা;
চৎসি হায়বা য়াদরে খম্বা তুম্বিল লৈথোকই॥
খুমন চম্মু শাওহুনা—"খম্বা ফরে লৈহৌরো

ইচেম চৎলে হায়দুনা মুবা লৈবাং মত্তোমদা,
নোংঙাল্লমদায অদুদা থোংজি নাতৈ কাংদুনা,
থোবক্লেদো খম্‌নুদো মদু নিংথৌ ঙাইদনা ॥
মচেম চৎশ্রবদুদা নোংযাই মাস্থ থোবক্লে।
থোংদু হাযজিল্লমদুনা মচেম মতুং ইল্লক্লে ॥
লিচৈ মতুপ অমদি নোংয়াই খুৎতা পায়দুনা,
মচেম মাংদা থাবগা মচিন মৌপুবা লাকপনা
নোংঙাল্লমদায অদুদা খুংলে থোংলেন, থোংজিন্দা ॥
থোংলেন মাগী থোংদুদি হোজং পল্লোন শাবনি।
ঙসি অহিং অসিনা নিপা তবা মঙানা
খাংই মিশেং শল্লিবু, তুম্বা লাকপা লৈতনা ॥
নিপা তরা মঙাদু লৈবি হোজং মনুংদা।
পেত-তা লাওব তাবদা থাংগ তাগ হৌবনি।
খাইজ মঙা লোন্দুনা হোজং অদু লৈবিবা।
লমজাও বোমদৈ খম্‌নুনা—"ইপা মনাইশা! মমোম্‌-
মচা লাইবকথিবী ইপা উন্নগে থোং হাংউ।"
হাযজকরে খম্‌নুনা। মতমনগা থেংবগা,
নুপী থোন্দু তাবদ ঙকই নিপা মযামদো॥
কেগে মোইবাং দুনদি থোংলেন মাদ লৈবগী
যেক্লবনা চংদবা—মোইবাং লোগে নিংবদা
কোন্নুংলোমদা লান্দাদ—থোংলেন হান্না ঙল্লগা,
অতৈ কৈস্থ লৈতবা সিগী চিংনবমলে।
খনৈ সন্নি মযামদো পুক্লিং ইলাং লাংনবে॥
খম্‌নু মানা কয়ারক হন্না হন্না হাযবনা,—
মযাম হাংউ হাযদুনা থোংজাও অদু হাংবগা
খম্‌নু মাবু চিংশিনশ্রে। "মানি নুপীনি" হায়বে।
"তামি মাংখিবা অদো—ফুস্থ ফুবিশ্রবনি,

সিদি মাদু নত্তেদা, হুদি হুরান্দবনি,
অঙাওবিনি য়েংউনা—" হুম্না মম্নাম লংনবে ॥
"হায়মু ইপা মনাইশা, থোংলেন অসে ইপানি।
'থোইদি হুরানবা পনবা, নাদা তাবা য়ানদে।"
হায়বে লমজা খম্বনুনা। মম্নাম অদু নোক্লকই।
লংনৈ ফাগি তৌবকই, শম্-পায়ন-চিংবা য়াওই।
খম্বা মানা তাবদা থোংগী লাংদায অতুদা
উরকপদা শাওরকই। "ঐগী ইচেম অসিনা,
খুমন হায়না অমুক্তা কৌরক্লেদা" নিংবগা –
"খুমন! তাববা। য়েংঙো! লাংবন ইচন ঙাগুম্না
ময়ামসিনা কোইহুনা—যাংলৈ তাওবা হুই যাম্না
শা-বু কোযনা থংপগুম লংনবিরে ইচেম্বু।।
ইপায নাক্তি যৌববু পহলনবিবে চাইখাইবো।
তাওবা হুইয়াম তানবগুম। মোইবাং কাংজেবুংহুদা,
খুমন পাংগন চাংয়েংবা থংহৌদরে ইচেম্না,
ঙসি নংগী পাংগন্দো ইচেম য়েংগে নিংথৌবা॥"
মুবা মপাও তাবদা ময়াম পুম্ভক ঙরখি।
ঙকইঙৈদু মক্তদা, হিঃ হাবা চপ মান্নখি।
"ইপায মনাক যৌবগ। দণ্ডি মতিক চানা ভৌ।
ইচেম কিহনবিগনু। চংঙক্নে থোং হাংদে'কউ।"
হায়না খুমন মহাক্না মপান্দগী লাওবকই।
খুমন মরা তাবদা—"হুদি ব বৈ মবমগী
থোং হাংহল্লি নচেম্বু! হুরানগেদি তৌবরা?
শনবী চেন্দননবা শনাং ফারে কৈদৌনি।
তানিংদেহায চিঙ্গিবা!' চৈ র খুমন মহাকপু॥
"অমুক হন্না হাযবদা যাদ্রবদি নহোয়গী
নমথেক্নি থোং অসি, থে হাংউ ঐ চংলকে।"

নোংয়াই মমা তাবদা তুজুংনরে ময়ামদো।
মচিন মচিন থোক্লদে॥ "তানিংদে হায় হুরানবা!"
সমুমক্বা নমথেকপা ঙমদ্রবনি থোং'সিদি।
খাইজ মঙা তিন্দুনা মুংগুম্বা চেৎলবনি'—
খনপ্রদুনা, অচুম্বা মম্ম্ কল্লবা থোংনি।
নিপা ময়াম অহুনা 'হংভোই পাংগন ফংদবা
হৌজিক নংগুম্বনস্ত থোং নমথেক্কনি হায' শাই,
তাৎ তৌদুনা কাম্নরোই নং-নিংববা হুরানবা।
নমথেকউ চিন-থিবাইবু।" খুমে ময়াম অহুনা॥
অঙাং ওইবা অমনা—"যেংউ শক্লে মুপীসে,
লাইনি অয়াং-লৈম-নি। তাববসে ব্রাঙাংসে,
অমসিনা ফৌরুংবা-লাই-মতোনগী লাইনি।
অনিসি ওক্রবা, হিংবা হোনদ্রবনি।
হিংদ্রে ঐখোই ঙসিদি।" হায়নহৌই ময়ামদা।
অহল ওইবা অমনা—"মীনাই ওইরবস্নুনে,
মপু অতৈগীদি ফৈ, থোংলেন মাগী মনাইদি
শিবৈ শিব অম্মানি ফনা ফবে শিবগে।"
সুম্না ঙাংনবিঙৈদা "থোংদি শিংউ হায়নুকো।"
লাওরম্লগা খম্বনা ওইথংবা মখুৎতুনা,
থোং অহু ইল্লকপদা থোংগী থোংনা তত্নুনা,
মম্নুংলোমদা তাখরে। "থোংনা নল্লে" হায়দুনা
হন্দোক্লরকপদুদা কযা তুরে ময়ামদো।
ময়াম অহু শাওদুনা চৈ তল্লাগা মঙানা,
খুমন মাবু তমদুনা হাইথরক্লে থুনমক।
খম্ব্—"মাংঙে ইপ্দাদি হোরেন লৈপাক মমাংদা
লৈরাংবদি চংবদ্দা চৈক্কম অসি উরনি।
থাংজিং নংনা কনবিযু।" খুরম্লগা খম্ব্না—

নিপা অমগী খুৎতগী চৈ অমা মূনখরে।
লাইরবীদি খম্ব্না চৈ অতুনা খৎথরে,
চৈ তরামরি অতু অমতমক্ পান্দরে,
খুমন মাগী মশাদা। খুমন নাকয়েৎ অতুদা,
লোইনা তারে চৈমথৈ খম্ব্ মানা কনজরে॥
লমজা মচিন মোপ্‌্রাগী নিংথিজবা গুণ-তুনে,
শক্কী মখৈ য়েংবসু সনাবু ফদিনা য়োন্,
রাশি মতা অতুগা নিপা তরামঙাদো,
য়েংউ য়েংউ খুদিংদা হেঞ্জিল্লক্লে ঙকপনা।
হংলে মমৈ অতুদা "নহোয়নিবু কনানো?"
খুমন চনু লাইরবী—"ঐদি মোইরাং অসিদা
চাক্লিবীদি মুপীদো ঐনি ইপাই মনাইশা।
লমজা ইচিন ইপ্‌্রামি ইপা থোংলেন অথৌবা
খুকমজগে লাকপনি থাদোকপিরো ঐখোইবু"
হায়রকপতু তাবদা মুংশি ময়াম অতুনা।
ফনা মুংশিরবসু হেনগ্রে থোংলেন কিবনা॥
ময়ামতুনা—"ইবেম্মা! থোংলেন হায়বা অথৌবা
য়াদে মীরোন ঙাংনবা। 'ইনুং মতম চাদনা
লাকপা মীবু কবিগী! ঙৌনবিদি কদায়নো?"
হায়ববদি ঐখোইদি শিবা তাবে য়ৈবনা।
নংদি ফৈদো মুপীনি থোকপ-থোকপ-খুম্নগে।
নতু নিংথৌ অসিদি সুম্না থম্বা চুমদরে।
পুনবা লাকপ্না খরদং তৌজগেমে ঐখোইবো'?"
হায়রে মচিন মোপুরাদা। ধর্ম্ম চেনবা খম্বনা
রাফম অতু তাবদা—"চুমই ইপাই মনাইশা!
লমজা ঐবু পুল্লুকো ইচেম্বুদি পুনবিনু।"
হায়রতুনা পুল্লম্লে। লুতুং পরৈ লৈখরে॥
খুমম মতৌ উবদা লমজা মচেম কপ্লকই॥

খম্‌নু চবৈ মনম্‌খাং চরৈ কীজি অহুনা
ইমুং কাঙ্‌বী তান্দুনা থম্বৈ নাক্তা কমহুনা
কোরৌ ঙানবা ঙাইহুনা লৈরে লমজা হোজংদা ॥
সোমদা নিম্মরিবসি তায় থোংলেন তালোই মখে।
থোংলেন মাদি তাখিদে, খোম্লেন মঙ্‌লাঙ্গান্দুদা
হুয়েল লাঞ্জং থৌগারি, থাংলেন খুৎতা পায়হুনা
চীংখে লাব য়াওল্লে লাইবেল লাবা য়াতারে,
কাক্কী লাম্বাও চেল্লক্লে—তাল্লোই তোম্বী হোৌগংলে ॥
থোংজি নাতৈ কাংহুনা মরিং য়াঙ্গেন্‌ খুত্ত-পায়,
থোংলেন মাংগোল অচৌবা উফুল লৈমাই তক্লিল্লে।
অয়ুক অঙনবহুদা অয়েসেন্সি খুত্ত-পায়,
নাইজ ইপাল লাংগেদো লাকএ হোজং অসোমদা ॥
থোংলেন তাল্লোই উবদা লাইববীদি খম্‌নুনা—
'মোইবাং থোংলেন অথৌবা, 'ঙম্বা কোন্দৈ থোরকপী!
মোইবাং কথেল কাহুনা শেলৌ মথেন লাংবিরা?
'ঙম্বা য়ুম বু কোইবীবা? নুজা নপাও তাজগে
তাকপিয়ুবা ঐঙোন্দা।" কৌরক্পহু তাবক্লে ॥
খুমন মচিন মৌপুবা নুরা ওইবী খম্‌নুগা
উরুবদা ঙকখরে। তোম্বী মতু চুংখরে।
লাংবন চুম্বে-নদৌগুম মতম ফবী ইবেম্মা!
থোংলেন তাল্লোই লক্তগী খ্বাইগী ইতোন তোম্বীনি"
হায়না খুম্মে মমানা—"হা! ইমাতোন্‌ ইবেম্মা!
নচা লমজা ওইবীনি, পম্বৌ চোবোন খুরুমগে,
লাকচবদা ঐখোইবু, সিনা নচা ইপুবানি;
পল্লে মরুম অসিদা 'লমজা নচা লাকইদি'
হঙ্গৎপিয়ু অমুক্তা পম্বৌ মাগী চোবোন্দ।"
হায়না যাম্বা মেল্লুরে। লমজা মবা তাবদা

তোম্বী মুংবু নৌখরে—"মুরা ওইবী নহাকপু!
মত্থনিংথৌ অসিবু মুরা কনা' পুনবগে ?"
হংবিবেদো মমানা। "পলেম শেম্বি ইমাতোন!
ননাইশিংনা পুনবনি।" হায়রে খুমন চন্মুনা॥
মমাতোমদো চেনখরে। খুৎতা পায়বা চাইসেন্দো
হুন্দোক্লম্লে অহুম্মা। থোংলেনবীদি মচেল্মম,
মমা শকপী অহুদা নুজা হিক হিক কপ্তুনা
মখোং পায়না তুরুরে—বাদি মমোল হায়দনা॥
থোংলেনবীদি মচেল্মা—"তোম্বী বৈদোববগে ?
কেগে মচা কনানা ফাগি জুগাই তৌবকপা ?
ইন্দোনখোইগী সোমদগী কবি পাংবু লাকপগে ?
হায়যুগবা অতোম্বী।" হংবিরেদো মচেল্মা।
"ইমা শকপী ইচেল্মম, 'মোইরাং লমজা মচানি,
থোংলেন ইপা খুরুমগে, লাকচবদা পুনবিরে।
হংগৎপিয়ু ইমাতোম!' হায়খড়ুনা কপহৌই।
লৈবাং মতম ওইবীনি—মত্থ নিংথৌ অমগা
লমজা মচিন মৌপ্‌ানি। ইচেম নংনা হায়বিয়ু।
চেক্লা মচা অনিসে লাঙ্গাইজগে ঐহাক্লা।
লমজা মতৌ উবদা ঐবু লৈবা যাদরে।"
হংগৎখবে মচেমদা থোংলেন তালোই তোম্বীনা॥
"তোম্বী ওাইখো হাখিম্মু থোংলেম মবা তাদনা,
তৌবা যাদে ইবেম্মা! 'থোংলেন থাংতক শোইতক্পা'
খংদবরা নহাকপো! মাগী মবা তারগা
চেক্লা লাঙ্গাইজরুকো!" তাকপিবেদো মচেম্মা॥
তোম্বী চেম্থাকখিত্নুনা থোংদা অমুক হায়রুরে।—
"থোংলেন মনাই নিপাশা! মোইবাং লমজা অনিসে,
শোকউখিম্মু খংউকো।—নুজা নচিম নৌপুবা,

ঝারুগনুকো ইবেম্মা! ইমায় ফৈবা থক্লিন্দা
পমগে মথোই অমিবু।" হায়রম্লগা চংখরে ॥
ইমুংদগী অরৈবা শিংমিৎ ফাওবা হোন্দোক্লে,
মনিং মমাং থোং-অমি পুম্লাও লাওনা হাংদোক্লে।
অহন তোম্বী অমিদো থোংলেন নাক্তা চংলক্লে॥
থোংলেন লোংখাক হিপ্তুনা—"হিহি-হিহি" খ্বিগৎলি।
থোংলেনবীনা—"তোম্বী, তু! উরবরা য়েংউদো!
থোংলেন লাঞ্জংইবনি। সিদা হোৌদোকউরগা,
তাঞ্জা খংদরবদি থাংনা য়াল্লে শোইদরে॥
লৈগে ঐখোই মপান্দা হোৌদোক্লগা নহাকস্তু,
চুম্না লৈনু লেপতুনা কাংখ সিদা চেন্সিল্লু।"
হায়রম্লগা "হোৌদোক্লো।" মচেমহন-তু থোকখবে।
মনিং থোংদা লুমতুনা লৈবে তাঞ্জা য়েংতুনা॥
"লোয়ুম থোংলেন হৌবিরো। ইমুং তৈনা ঙাক্লেনে।
থবি 'মনা নেৎবনি, থবা 'মনা কামগনি।"
তোম্বী ফনা লাওবদা তাখিদবে থোংলেম্না। ·
থোংলেন মাদি মমঙদা খেন্দে চাইরেম নিংথৌগা
চুংবু ঙক্তা ছক্তুনা তাবু খুৎতা পাযতুনা
লাম্থেংনবা মতম্নি তাদে 'তুনা থোংলেন্দো॥
কান্নদরে তোম্বীনা খুম্নারোমদা চংলগা—
"লোয়ুম থোংলেন হৌগৎলো।" হায়না খংলাও লাওতুনা
খোংবী অমি অতুবু তোম্বী লোংনা থেক্তুনা
চিংলে, থোংলেন ছুনখরে। খেউ তোংজৈ লামখরে।
তোম্বী লোংথ্রে কাংখদা। কমাংদগী তুংগা 'মা
থোংলেন মানা নেৎখাইরে। ইমুং লময়াই অতুদা।
থোংলেন চুমত্রিং লেপখরে কোয়না কোয়না য়েংখরে।
থোংনা ইফাক কারুম্বা তরং মালং ওইবদা

খোংলেন অমুক ঙাওখরে উরা হুমদাং উবকই।
শারাও খোনবু লাওহুন্না চেস্থোরক্লে খোংলোমদা॥
মনিংথোংদা থোকউরে। খোংলেনবীদো কিখরে।
খোংলেন লাকএ হায়হুনা চেনগে চোংথক্লবদা
তুরে অহন ওইববী খোংলেনবীদি তালোইদো॥
খোংলেন মাস্থু চোংথবে। উত্রি খোংলেনবীহুবু।
খোংলেন মমাই হাইগৎলে, শামী লাম্মী য়েংলক্লে।
লৈচিন 'মতা উদবা, কোরৌ তশেংবা মুমিৎনি।
খোংলেন মানা খল্লকই—"লানগী মমিয়োমদস্থু
লৈচিন খুদম মউ'দে। ঙসি হুয়েন মত্তাসি,
কনানোনে" হায়হুনা মওন মওন খল্লক্লে।
তালোই কনা উখিদা—ইচিক চিকপ্রবহুদা,
লান্দা কাপ্রবনিদি খনখ্রহুনা খোংলেম্না,
অতৈ'মবু কৌখিপ্রে খোংলেনবী হু কৌবক্লে।—
"চফু মচেৎঙ্গীনা হোদোকমিন্নরকপীনি!
অতৈহুদি মরাইকো খাংমু থক্কী মক্তনি,
অহল ওইবী ইবেম্মা! নুংশিদকো নংদবু।"
হায়না খোংলেন কপ্পক্লে। তারে খোংলেমবীহুনা।
খোংলেনবীনা লাওবক্লে—"কেগে খোংলেন অথোবা!
শিদে ঐদি সিদা লৈ।" অহুদদা খোংলেন্দা,
লৈখারোমদা যেংথবে। খোংলেনবীনা লৈবদো,
উবে মপুবোইবনা। বুদ্ধি তাবে খোংলেনদো।
মতমহুদা চোকথবে অহন, পাঙ্গন য়াওদরে।
খোংলেন অহু ফমথবে—"কৈনো তৌরিবসিদে?"
হংলবদা খোংলেনবী—'লেংসিল্লসি ইবুংঙো।
হুঙ্গৎচগে ইমুংদা!" হায়বে খোংলেনবীহুনা।
"ঐদি চৎপা ঙম্মরোই চোকথখরে ইশাসে॥"

হায়রক্লেনে থোংলেন্‌না। "ঐ পোগে লেংসিল্লসি"
হায়না থোংলেন মহাকপু অহন ওইবী থোংলেনবী,
মপুরোইবে প্রেমচন্দ্রনা নাবা পাঙল ওইহনা,
পোয়রহনা পুশিল্লে থোংলেন কক্কম ফাওবহ ॥
থোংলেন মানা—"তোম্বীদে মাইকৈ কদোম মৌথবে।"
থোংলেনবীনা—"ইমুংদা লৈম্বিগনি ইনাওদি।"
বাহৈ অহু তাবদা—"শিবেদনা অহুদে
ঐনা চোংথোবকপদা নেৎখাইবল্লে কমাংদা।
পোকপু লাওই ইবেম্মা।" তুংগা হুবু তোম্বীনি,
খম্বরুবে থোংলেন্না। তাবে তোম্বী কাংখদা।
"ঐ নত্তে তুংগানি হায়" থোবক্লে নোক নোক্‌ন্না।
তোম্বী মতৌ উবদা থোংলেন মাম্ব নোকচরে ॥
"শিববোইবু নিংউবে—বাক্লরেদা" হায়বা শায় ॥
'কবিগীনো নহোয়না ঐবু হোদোকইবদে ?'
হংবিরক্লে থোংলেন্না। মাগী তালোই অহম্না—
"হংগৎলসি অতোম্বী অসাই অঙাং অনিদো।"
হায়রবা তোম্বীনা। মিসা থম্বান অনিদা
তনং লাইজ ইহৌরে। -'লোয়ুম মন্ত্রি অথৌবা,
মরুপ মচা অনিদং ইপা মশাই থিগনি
ইপা মন্ত্রি উম্নগে হায়জহনা লাকপদা,
নংগী ননাই তমথিবা ইম্নুং মিসেং থাংবনা,
'ঙম্বা নংগী হোজ্জংদা ঙসি ইম্নুং শোইববু
লুত্তুং পরৈ চম্মুনা থম্বিরেদা ইবুংঙো।"
তোম্বী বারম স্বপ্নদি হক্কংথরে থোংলেন্দা ॥
সেম্বী তুক্তা অয়াকপা চিম্বাল কাংমৈ খুহনা,
লৈবম্বদি থোংলেন্দো বারম অহু তাবদা,
কোমৌ থম্নুং লোং-খোং-শুম থোংলেং পুম্লাং লাংখরে।

থোংলেনবীদো খংহৌদে খোয়াং লাইজ ইহৌরে।
থৌদো অসি খনবদা অনি অচু ঙক্লে।
থোংলেন য়াথং পুহুনা খম্বা খম্মু লৌরুরে।
থোংলেন তালোই অতোম্বী মচা অনি মাংদা থা,
থোংলেন থোংলেনবী 'নিগী মাংদা অহুম চংলকলে॥
লমজা খম্মু লাইরবী, মপা মমা অনিনা,
উরকপদা ফম্বহু—"ইপা ইমা অনিবু
নচা অনি' থিবদা খংগ্রবদা অসিদা,
লৈরমগনি হায়হুনা লাকচরিদো নচাশিং।"
হায়না কৌনা কপ্পকপা, চংলকপহু উবদা
থোংলেন ফম্ফম লাংদগী চোংসিন্দুনা কোনখরে॥
"ইরিপ্রবা খোয়াংবু লাইজ ইহৌরকপদি,
অসিননি, কৈরেম্বী! পারি ইমোম অনিসে,
ইচম্না চাওরবনি, ইচা পাঙ্গল শোল্লনি।
খোয়াং ইল্লু নচাসে।" শিন্নরুরে তাল্লোইদা।
"পারি খোম্মৈ! পম্গে লাও—ইমায় অমৃত থকও।"
থোংলেনবীনা খম্ববু—পম্গে কৌসিনবহুদা—
"পলেম ইমা ইবেম্মা! লশিং তেরা মতৌগুম
মোল্লবনি ইমাদি! নচা ঐনা ইমাগী,
ফম্লুরগা তম্পাক্তা রাম্নিবনি ইমানা।
নচাসুম্না লৈজগে!' হায়রম্বহুনা খম্বনা—
মমায় মমাং অহুদা খুকুখুদক্ কুন্দুনা—
কাওরেন মখা তাম্রবা, শম্বী শিংদা সনাওনা,
মমাবুদি হেন্ন-চাও! খুমাং অনি কুন্দুনা
খোয়াং খবোম থন্নখৈ সনাও মখোম্ থকপাক্কুম
থকচরুরে খন্নদো। মপা থোংলেন অথৌবা
খম্বা মাবু চিংথোক্লে। মমাই মতম্বাক্তুম্না

খম্নু মাবু পক্কে, খম্বু থোম্লাং ইনখরে।
খুমন মচা নিপাবু থোংলেন মানা পমহুনা,
মচায় মমায় চিন্না চুপ, মতমপাক্তা পম্খরে॥
থোংলেন মচা কোনবদা খুমন মশা হুদগী,
মাগী পাম্বোম অহুদা পক্লকপহু উবদা—
"পারি নোংয়াই করিনো? য়েংউ পকৃইবসিদি?"
হংবিরক্লে মপানা। খুমন মানা মপাদা—
"ঙরাং অহিং হোজংদা ননাইশিংনা নচাবু,
তুংবুন পরৈনগ্রবা লেংবা হুম্বা য়াখিদা,
ইমুং কাংনা চিকপদা কাংগী মবুক থনবহু,
পাইথোকপদি নংহোদা নচা ঐনা ভকপদ
পকগ্রমাল্লে ইশাদা।" হায়না খুম্লে মপাদা॥
"করম তৌনা কবিগী খুমন ইচা পুল্লিবা?
হায়না হবিনবদা অইংদা তৌখিবা
তম্লে থবক অপুম্বা, মমিৎ মপী তামথৈ॥
নোংয়াই মতৌ উবদা "ঐগুম্বগী ইচানা
খুমন কপ্প-হৌনব্রা। ইপা থিবা লাকপনি
হায়ববু, পুন্‌বা চৈবা—ইমুং ঙানবা কাওববু
থাদোকৃতনা থম্বিবা! খুমম নংবু মহোইনা!!"
হায়না থোংলেন শাওখরে মনাই মুবা কৌরক্লে।
থোংলেন য়াথং ইন্দুনা মুবা ময়াম অহুবু,
হোজংদগী ইন্দুনা পুশিল্লক্লে সুমাংদা।
খম্বা খম্নু য়েংহুনা "ইচাশা! য়েংউ! ইপা,
ননাইশিংসি বারকে, য়েংউ! য়াম্না মুমনে।
হয়েং ইপা থোইনদি লৈখিরবা তুংহুদা
ননাই বাবকপা হৈরোই। য়াম্না বাররগনি।"
হায়করগা থোংলেনবা—"মুবা হোনবী তৌরো"
হায়না পিরে য়াথংদো। মুবা ইমুং চংখরে॥
মহোয়না লাক্লখিবা অঙাং অনি অহুনা,

থোংলেন থোংলেনবী 'মিগী মতম্পাক্তা লৈবম্বা!
মুবা ইমুং চংখিবা, হৌনবী হুগা খল্লুবা!
মাহু তাবা উবদা নিপা তরা মঙাঁদো,
মানা মানা চৎনিংবা, খংদবম্থু হংনরে॥
ওসি লোইরে হায়তুনা কপ্পবক্লে ময়ামদো।
মুবা মখুৎ চারবা লোংঙা য়োথোক অমতং
পায়রহনা থোরক্লে লেপ্লে ময়াম নমাংদা।
"কদোমদগী হৌদনা?" হংলকপদা মুবনা,
হায়রকই থোংলেন্না—"হংইদা মুবা ংসিদি
নংম্থ সোইনি য়েংউকে।" হায়রকপদা মুবদো॥
তরা মঙা অতুমা উপ্রাক্লা তুরিবা,
ময়াম দোমদা 'লশিল্লে মশম পায়না হুমবু,
চিংশিল্লগা খুকউনা চপ্লে মকোক অহুবু॥
মুবা মখুৎ অনিনা পুম পায়রে য়োংথোক তু।
হাইগংলবক্লে 'চ অদো। খম্নু মমায় তম্পাক-তৈ,
চেম্থোরক্লে লাইরবী মুবা মাগী চৈদোন্দো
ফারে মতুং লোমদগী মুবা মাদি খংহৌদে!
নিপা হুগী মথক্তা মুবা তন্না তুরুয়ে।
মুবা থুনা হৌগংনি। পিবে খম্নু য়োথোক্লো।
মুবৈ খুংতা থুনমক "ইপা মনাই মুবা! সে,"
লেপ্লে মুবৈ মনাংদা, "পম্থো ইপা ইবুংঙো!
হয়েং ইপায ভুংদবু নচা ওইবা ঐখোয়মু,
খংহৌরমোই থোগল্লোন, ঐখোইবুম্থ তাকপিয়ু।—
তাদ-মুব ফুবিয়ু ঐগী ইনম অসিদা।"
হায়না থিংলে খম্নুনা মনাইশিংম্থ য়ৈববু॥
মুং অনিগী মরক্তা মুবা হাবু ওইখরে।
মুমা খম্নু অমুক-য়েং থোংলেন্ অপা অমুক-য়েং॥

থোংলেন থোংলেনবী -অনি মিত্ত পিবু তাখরে।
"ওাখরৈম-মম্মানা চেনখিবদি পুকচেনবু,
মানখরেদা ইবেম্মা!" শন্নরুনা অনিদো,
পিন্না থনবা মিং মরি য়েংহুনা হায়নখরে।
মুবা মানা পান্নরিবা য়োখোক অতু খমনুনা;
অমুক মুল্লে অতুগা থোংলেন তান্না চংখরে॥
"পম্মৌ লালোই তাম্বও! ওসি কোরৌ অসিদা
নমাই তন্না মঙাসে নিজবগে নমোম্না!
খুরুম্মুরে মপাদা, খমনু হিক্না কপ্পুনা।
থোংলেম্না—"তোক্লো মুবা কন্নিংমাল্লে ইচানা।
খাম্লে মুবা অহুবু। নিপা তন্না মঙাদো,
নুংঙাইজরে মথবাই শিকদগী হল্লকুম॥
থোংলেন পুক্নিং অহুবু অমুক নুংঙাইরক্তরে।
"কোরৌ লাইরৈপাক্তা ইচন ইতাও অনিনা,
নুংঙাইররোই উরগা।" থোংলেন মচিন থোরক্লে—
'ইপাবু উন্নজগে হায়রমক্তা নখোইনা
মীবু ফাই পুল্লি হায়বু—ইপা হায়বা অসিবু
পংহায় হায়বা য়াবরা? কন্নি বাখন তৌদনা,
পংতৌ তৌবা য়াবরা? শকখংদবা নীনাইশা
মীগী মীওই য়েংদনা করম থবক পুবগে!!—
মুবা! শিংকেৎ! কোকথোকউ।" মুবা শিকেৎ লৌরুরে।
দণ্ডি ইতৌ তৌদনা তোকপনক্তি পাম্মক্তে॥
থোংলেনগী শিংকেত্তি মঙা অমা হায়বহুনি।
পিথ.াই পুখম মচেৎ.তু, ময়া কাকা থাংদোক্তে।
মুবা পুখম মচেৎন্তু শেৎ-শেৎ খেংলি খুদাহদা,
ময়া থংবা হান্নবু লোইরে হুনা মহোইদি,
ইংঙা কৌবা থাজদা হুঙেওাই শোংয়া থোংঙমই।

নিপা অরা মঙাদো। তুরি লোইনা স্থমাংদা।
থোংলেন য়াথং নৎতনা হৌগৎপা থবক লৈতে।
কাংবুতুনা "করিনো হাল্লক তৌদৌরিবসি,
করুদৌরিবরা ? হা ! কোরুদৌরিবরনে ?
থোক্অবমা থোক-অবা কম্দি তৌমি হুমঙাই।"
হায়নৈ অরা মঙাদো। থোংলেন মনাই মুবনা
ইশিং ইথা খদানা কোক্লে অরা মঙাহু।
হামুক য়াইঙং তৈবিরে। ইরোই শেল্লু হায়বিরে।
কিরতুনা খম্বমু রা ঙাংবা নংহৌদরে॥
খম্বা খম্বমু অনিবু কয়া কোল্লে চুপথরে—
"পারি ইমোম অনিবু নহা মীমাংনদোগুম
মাংউরেদো ইচাশা ! নপা ইতাও, ইচয়া,
উরিনিকো ঐখোইবু, মচা থিদে হায়তুনা
শাওরিনিকো অমিনা।" হায়না কয়া তেংথারে।
থুমন মচিন মৌপুরা মবা 'পুম্বা অমথরে।
'ফী রাইগে লাকপনিদো' হায়রাহু হেক তাবদা -
'ইমোম খম্বমু ইবেম্মা ! রাইবা কবি হায়বগে।
চরৈ 'মতা রাৎতনা থনম্ইদো নমানা
নোংয়াই নৌপুা সিগীম্ম চ'র 'মতা রাংলোইদো।
কাওরেন শম্না কয়াম্নি তম্মুম মাইপুম্ কয়ানি।
ইচাই করি রাংকম্নি ; নপায় মরোন অমনে
ইপায় কম্না অমনে ইমোম ইবেম্মা রাম্নু।
য়েংউ ইপা লৌথগে।" হায়না থোংলেন মথুংনা
কৈয়াক অম্না লৌরুরে। কাখৎথরে ফমথক্তা।
অবু লুপাক মঙাবু থাংথরক্লে থোংলেনবা।
ওক্লে থোংলেনবীতুনা। পুথোরক্লে মাঙোম্দা॥
মপা মমা অমিনা "পারি ইমোম অনিমক -

পুন্নমইবা পরৈসে পলেম পম্মৌ অনিনা,
য়েংউ য়েংউ ইচাশা! থোকচরোলাও নথোই'মি।
য়েৎনা লৈবা ওইন-হল ওইনা লৈবা য়েথন-হল।"
তাক্লে মচা অনিদা থোক্লে পারি মমোয়া॥
ঙাম্বরৈমা মমাগী চরৈ তাবু থোক্লক্লে।
পলেম চরৈ অপুম্বা খুৎকম মতা কায়রমদা।
মোইরাং হরাওবতুদা চিঙ্গরম্বী লৈরাংদি
শিঙেন কংনা—লৈরম্বা চরৈ মমক অতুদা
ঙরাংদগী ফীগুয়া লাইগী খুজিমদোগুম
ফিজুনগা মাঙুমদা করিদবু হায়সিবা।
চবৈ অনা চিংথোকই খমন্থু অমুক বপ্লকই।
"হা পলেম ইবেম্মা!--ঙাম্বরৈমা কৌবিদো!—
খোইদৌ ইতা নুংশিবী!—'ইচল লৈমা পাম্মুবী!"
কৌন-বপ্লখিবনা য়েংঙমদরে ময়ামদো॥
খুমন মাগী মপাগী তাবু লুপাক হাংলকই।
খোংদোপ খুজি খুবোময়াই —নিথম শমজিন কাইরমদে
পুরেনবদি মপানা পাম্ব মঙা ফাবদা,
নিথম লৈতোন অতুদা পাম্ব-ঈশা চোংখিবা।
অতু ঙসি কোরৌকাও তঙাং তঙাং লৈরমই।
থোংলেনবনা তাকপীরে খুমন ঈগী বাম্বিতু॥
পম্মৌ মপা মমাদো কায়নবগুম ঙসিতা
বারে কপ্লে অনিদো চরৈ অতু উবদা।
চরৈ অতু ফংবদৈ পলেম পম্মৌ ফংথরে।
মপা থোংলেন অথোবা--'পাম্বি ইমোম অনিমক
বারুগমু ইচাশা ইপা লৈয়ে নহোয়বী'।
থোংলেন ঐন্থু মুংঙাইরে ঙসি ইচা উমরে।
মম্যাশিংনা টাকথোংলো ইচা অনি ঙসিবু,

জগোই শানি, অদুনা তম্বিখিগে ঐহাক্না।
জগোই তম্বা লোইরগা ইক মাইথজবিনি।
তম্বা চার' সিদগী থুমন ময়ুম চৎসন্নু॥
থাংজিংগীদা কাবসি ময়ুমদগী কাসন্নু।
থোংলেনবী! ঙই! তাবক্না ইমোম 'জগোই তম্বিয়ু
থুমন ইচা খম্ববু তম্বিজনি ঐহাক্না॥
মুবা, পুংদি কৈদৌবি পুথোরকউ যৈয়ুনে॥
বাশি থোংবা অমগা পেনা পায়বা অমগা,
ইমোমগীদা ইন্‌বিয়ু চৎলু চাকশং কারোমদা।
পাবি নোংয়াই সোমদা লাও।" হায়রক্তনা থোংলেন্না
খম্বা জগোই তমবিত্রে, খম্নুবুনা মমানা॥
লাংগী মচা ওক্লৈবশিং তাকক্রিঁঙদা থংঅমই।
খম্ব মানা শারকপা জগোইদুনা নিংথিবা
পেন্নে থোংলেন যেংবদা—' নিংথিভরে শাজৌবা
শারো ইপা "হোই" লাওগে" হায়না অয়ুক অতুদা
থোংলেন হোই বু লাওরকই খমন্নু মাস্থু নিংথিরে।
নিংঙাইদবা থোংলেনগী জগোইসিগী পুংখোম্না
নিন্নে মোইরাং লৈপাক্কা খবিগীনো হংনখি।
তাবে তম্পাক য়ুম-লোমন্থু - হংলে থোইবী সেন্নুদা—
"সেন্নু কৈনো ইতারোই! ঙসি পুংথোন অসিবো?"—
সেন্নু খংদে হায়দুনা কোয়না চেন্ন হংউরে।
"জগোই তম্বিরি হায়না।" হংগৎলুরে থোইবীদা॥—
"সেন্নু কৈদৌঙৈগীনো ঙসিগীদমক্লনে?
কনানা কনাদনো তম্বিরিবা জগোইবো?"—
"মানি মজা ইবেম্মা! ইপু থোংলেন অংগোম্বা,
পাখি মমোম অন্নিবু জগোই তম্বিবনি হায়।
—নি হবাওবসিদা শাদোবোইনা অসিদো।"

হৃংগৎপদা সেন্নুনা। "করি হানো অচানবী
নংনা ভাংথোবকপসে তাজনিংখিদরেদা।
থোইবী ঐবু মোইরাংদা পোক্লগুম নংনূনে,
লংনৈদকো ইতাবোই। থোংলেন মচা পোকপদি
নমংদতুম ওইরিনি। কনাদগী মচানো ?"—
"অমতবু নংতেদা অনিনিনে ইবেম্মা!
ভবাং সুংদাং পোকই হায়। চাওবোক ওইরমাল্লে।"
"সুংভাইতেদা অচানবী!" থোইরাং লীলাং ওইনা তৌ,
মজাইবেম্মা থোইবীদো লাই নব ইন্সিনবরা,
খংনিংবনা শিদৌই হংই ননাই সেন্নুদা।
"ইবোতোনগা মচেগা, অনি অদো থোংলেনগী
মকপ মচানি হায়নে। চোপ্প মাদে হায়দনা
ভসি কনাগসিগী ভস্থিবিবা জগোইনে॥"—
হাক্লে মনাই সেন্নুনা। সেন্নু মরা তাবদা—
"তুদি সেন্নু কমদৌনি! ইপায় পাম্না পাম্বোম্মি,
পাখং লৈরোই মকোক্লি। হোরেন 'সি কবিগুম্বা
নিংোল মকোক কনানো? —ঐ তাবেদো ইতারোই।
'মক্ত -শামিন্নদ্রিদো—তাঞ্জমেপ্পা ভি'দ,
যাম্না চোপ্পরবনি। পুংখোল অসি চানবা
জগোই ঐরাইক্লৌসিনে চোপকদগী শরুক্তে।"
সেন্নু নপু মনাইদো সুম্না তানরত্নুনা,
রাংগোন পুথ্রি মপান্দা থোকক্লে কনা খংহন্দে।
ইংবা লমু বোন্দুদা কোক্ল হাংবা ভিংথৌ খক,
পুংখোন তুগা চানবা হগোই-খুৎথেক হাপখবে।
"খুৎথেক কৈদা শোইবগে?" হংই থোইবী সেন্নুদা
"শোইদে মজাইবেম্মা।" খুমই সেন্নু, মনাইমা॥
লংথোং লৈমা লংচাক্লম তান কবী শাওংদা,

চরৈ খাংচেৎ অমতা নম্ব-খোল্লি ইবেম্মা।
অতৈ চরৈ অমতা য়াওখিদবা অদুদা,
"কংলা মপুং ফাখরে মচেৎ মরাং তাদরে।
কুচুনগা ভোরোক ভো, শম্লাংনদি ইমু মু
পুংনফবী লু-ভুংগী শম্লাংদুনা ইচাই চাই,
লুমাং, শাইনোম মখৈনা সেলৌ উচান মলাগুম্
পাংতা লৈখা সুংদমী থম্বৌ হেন্না মাল্লবী,
ছাইদোরকপা পাম্বোম্মে, খুৎশা তন্না অদুনা
লৈরাং আগ্নি মান্দুনা খুৎথেক মচা তারকপা,
খোংদা খুরুম খোংদানি খুনিং ভাত্তেন মতানি।
খুদোন মচা অদুনে খুয়া ভাংনা-ফজবী।
লফু নেম্ব্রা মাল্লবী কৈক-কৈগন তাবনা
নম্ব-জগোই শাবদি, কেগে মোইরাং লৈপাক্লা,
ইকাই ইকি লৈতবা, অদুগুম্বা শাথেক্-তো;
মোইরাং থাংজিং.লাইমাংদা উরোইদোবা জগোইনি॥
মশা মাগী জগোইবু মশা মানা য়েংদুনা,
অক-কত্ত শেম্নবা থাদোই মাগী জগোইনি।
খুৎশেম হায়বা য়াওদ্রবা চরৈ মানা খন্দ্রবা,
লীকী কোনগী মত্তেংনা নিংথিজবা নত্রবা,
মশাগীদি 'কলা' বু 'কলা' সুনা উৎলকপা
মনাই সেম্নু নত্তনা অতৈ অমা উখিদ্রে॥—
কৈলাসগী চিংদোন্দা হৈনা-লৈনা-থনবদা,
শিবৈ প্রেম্না ময়াই-কা দুর্গা কৌবি লাই-হুনা,
ভাওমা জগোই শাব-গুম; রাংগোন পুখ্রি মপান্দা
লাইনা শাবা জগোইদি শারে মকম অদুদা॥
হুক নিংথিবা জগোইদি থোইবী মাগী মপোক্লা,
শারোইদোয়ে থোইবীনা অমুক হন্না কদায়দা!!

মতম কুইনা কাওথ্রবা লাইগী জগোই অদুবু
উরুবদা সেন্নুদো কপ্‌ম্রে ময়াম খন্দুনা
ঙসি কোবৌ মুমিংতা থাঙোন পুথ্রি মপান্দা॥
থোংলেন পুংলোন ঙাইনদি থাদোই জগোই থাথরে।
কেগে চাওবা নোংথোম্বা মাদি অমুক অদুদা
মচা মনাই থাদুনা খম্বা মাগী মরমদো,
থিরে খংলে লোইনখৈ। নিংঙাইদনা লৈখরে।
কোম্নুং ঙম্বা কাখরে সনা নাক্তা লৈখরে॥
খম্বা জগোই তম্বীবা পুংলোন অদু তাখরে
মপু সনা নাকোংমু—হংই নিংথৌ চাঙবদা—
"ইপু চাওবা করিনো? ঙসি পুংখোন অসিবো?"
"ইনিংথৌবু—থোংলেম্না থাংজিং তোঙান হরাওব্রে।"
খুম্মে চাওবা লংনরে।—"করম দোনা নোংথোম্বা,
লাইগী চরৈ ফিমল্‌-লা শিঙেন লৈমন পুদুনা,
দুদা হরাওরিবরা? করম হরাওরিবনো?"
"নত্তে, থোংলেন লম্মেনবা, মনিং মথা তৌবদো,
থাংজিং কোমাই অদুমক পুখরে হায় ইনিংথৌ।"
খুম্মে চাওবা নিংথৌদা। রারম অদু তাবদা,
শাওবে মোইরাং নিংথৌদা। "কৈনো নোংথোন, থোংলেন্দি
মনিং তৌমনখবেনা। অহন্নি হায়না মাবু,
য়েংবিরগা ঐখোইনা নিংথৌ ঐনা ঙসিবু
হরাওদোবা থাংজিংবু ময়ুম মক্তা হেক-পুবা,
মানা হান্না হরাওবা তৌমনখরে থোংলেন্‌বা।
থোংলেন নত্তাও কৌখংলু—থিল্লে ইপু কৌখংলু।"
নিংথৌ মবা তাবদা—"কুমসি অসি ফিংনৈদা"
সোনবোই তৌই চাওবনা। 'ঐবু-মনে নোংথোম্বা?'
হংই নিংথৌ চাওবদা- চাওবা "হোইনে ইনিংথৌ,

মনাই থোংলেন মানবু ; অহম হাযবা ওইরবা,
চাওবা ঐনা হায়বগা—ফিংমনদরা করিনো ?”—
“তুদি করি পুংনোনা ?” অমুক হংলে নিংথৌমা।
“ননাই লমজা লাগরবা খম্বা খমনু ঐমিদো,
কনা নোঙদবগী মকপ মচা কৌবগী
নুংশিতুনা ইতাওনা জগোই তম্বিজবনি।”
হায়বা চাওবা মরাদু তাকপদা নিংথৌদা,
মবুক পেল্লি থোংলেনবু নুংশাইনরি অনিসি ॥
সোনদা থোংলেন মপানা, খম্বা খমনু অনিবু,
থোংলেনবী মথংমরা অঙং নাবা পিশক্লুন,
লাইজ ইপাল লাংউবে। ঈশিং অত শাহল্লে,
ইক ফান্দেংবিরক্লে থুবাচগা ননগিরে।
মপামচা মখোইদো তরা চামিন্নখরে।
মনাইশিংনা হান্নমা মফি মবাক থনথরে।
হৌনবী পুম্বা তাক্লে। “হরাওনা কাবা অসি,
খুমন নয়ুমতুদগী কাজো”- হায়না তাকপিরে।
মচিন মৌপ্পা হল্লক্লে। [illegible] তুংতুদা
হোংজং থোংগান অনোংপা পুন্নং লনা শেম্নল্লে।
খম্বা খমন্নু অনিদো ময়ুম অতু খংউদ্রে।
লমজা অনি তুংতুদা মোইরাং থোংলেন মপানা
শেম্মনাদি ওইবনা, থেংগোন ফাওবা হেন্দোকউই।
লাইব খেঞ্জং লাংতুদা মচিন মৌপ্পা থুংবগা
মোইরাং নোংথোন মপানি ফবোইজাম্বা সেলুংবা
খুমন মনান যাইতুদা থুংলো মতম অতুনক।
ফৈরোইজাম্বা মপানি, “নসেন নোংয়াইদো থংজোই
কামিন্নরকউ” হায়না—হাযনম্বনা লাকপনি।
নোংয়াই মবাহ উবদা—“ইবাংবুঙো অসোমদা,
লেংসিনবিসি”—খুমন ফীদা থাজনে।

"ইচেন্দ্রনবু ইবাইগী—পান্ন-পান্ন" হায়দুনা,
পুথোরক্লে খম্নুনা। খম্নু কৎলে পান্নদো।
লমজা চন্নু লাইরবী পোকপদগী ঙরাংকাও,
কৈরোইজাম্বা ফম্বদা—মানা নৈবা মায়কৈদা
চংদবীদি খম্নুদো—পান্না অতু পিবদা,
খুমন মচিন নৌপুব্বা মবাইচোরোন শোরুদি
খুরুমখরে অনিদো গিৎ-তা পিবু তাদুনা।
অনিদুনা খুরুম্বা মবাইদুনা ওক্লকপা,
পিবু তানা নাম্নবা মবুক মবুক উনবা—
ফৈরোইজাম্বা মবুক্তা থম্বা ঙমজখিদরে : —
"খুমন চন্নু লাইরবী! নোংয়াং ইসেন ইবুংঙো!
বরোগন্নু ঐহাকপু মীনাইনগুম থোকখিবা,
মরম অদো ইবাইনা লীগে ঙসি নংঙোন্দা॥
পঙ্খৌ ইকুইবুংঙো লৈত্রবদি তুংদুদা—
খুমন নরান য়াইসিদা লৈখিদরে কনাস্নু।
খুমন নচিন নৌপুবা চৎলি ইপা মন্ত্রি'দা।
কোরৌ নুমিৎ তরানি কপ্লে থেম্বা য়াদরে।
অহিং নুংথিল তুমখিদ্রে। খাংবা ঙম্নদ্রবদা
পুরে অঙোম ঐগীদা নৈবে নুমিৎ তবেৎনি।
দুমা থোইনা কপখরে থেম্বা থোইমা য়াখিদ্রে!
নোংয়াই নতৌ য়েংবদা পুম্মন ওইনা মন্নরে।
লাইরবীদি নচেম্না য়াম্না হংগোইনা তৌই।
ঐগা নচেন খম্নুগা নোংমতম্নু কৌনদে;
লনজা নচেম পুক্লিংদা খোয়ুম মানা তাকপন্না—
"ইদু নিংথৌ অসিবু লনজা ঐগী ইয়ুমদা;
পুগে থেমগে য়েংজগে, হায়রে ময়াম য়ানরে।
য়েংসি দুদি পুরো হায়রদুনা পুরকপা—

খুমন নমুম অসোমদা নচেম" মাইহেক শুনবদা
কোরৌ তরা তরেৎনি কপ্পা খুমন নহাকপু;
তোকপ্রে মতম অতুদা। পম্বো হোজং ষৌবদা
খেরু-নোকই মহাক্লা। চিংউ মানা তৌরবোই,
কান্নবু হায়না শিনবনি হায়না ময়াম লেপ্পরে।
লমজা নচেম অসিনা—'ইপায় সংগাই থাদোকই'
শাওরম্বোই হায়তুনা কপ্‌খি নচেম অসিনা।
চান-থরু পুম্বদো পিজৈ অঙোম ঐখোয়না।
অঙোম ঐনা পিবদো লৌরক্লেদে। নচেম্না।
নমতুনা থনম্ম-কাও চাখিদরে পোৎ অতু।
চাত্রবদা ঐখোয়স্তু পিদয়েদো নোংয়াইতোন।
ঐখোই পোৎতু হুন্দোকই, নিন-চারে লৈকাইদৈ।
লৈকাই চনি' চৎপদা অঙোম ঐখোই উরগা,
থৈনা চৎলি নচেম্না উহল্লিংদে ঐখোইবু।
খুমন স্নম্না তৌতুনা উমদরে ঐখোইগা।
কান্নরক্লে কাওনরে। তৎনরক্লে শানৌতোন।
তরেংনিদৈ তরানি চয়োনদগী থাবুম ফা।
থাজদগী কুমজা ওই তাইবং কাওন-পুংনিনা,
কায়নরক্লে কাওনরে। খুমন স্নম্না তৎনখি॥"
বাম্বি অসি লীতুনা নোংয়াই মসেন মবাইদো
কোম্নতুনা কপ্পরে। অহুম অদো থোকথরে,
খুমন স্নমাং মথোবোম য়েৎকা ওইগা লেপ্তুনা,
কোরৌ নোংদোন পাংতুনা—"পম্বো ইপা ইবুংঙো!
পলেম ইমা ইবেম্মা! লমজা ইচিম ইপুরা,
ইবাই ইসেন উনরে—সেম্ন সোইরে-পাইন ঙাক
পাইন-শোইরে-সেম্ন-ঙাক—পুয়োক লাঙ্গোম্নজরে।
ঙসি কোরৌ সিদগী।" হায়না অহুম অতুনা,

কৌবৌ নোংগাখৎরবা পলেম পম্বৌ অনিবু,
ক্ষৌরতুনা খ্ৰুবম্মে—কপ্লে অহুম অতুনা।
তাকদবা পুংদি ওই—তাদবগী মঙাইদো।
ঙাখৈরেম-পুবেম্বা—অনি 'বর' পিরক্লে,
কোরৌ নোংখোং হাংতুনা, য়েংখি অঙাং অহুমদো।
মচা ময়া উবদা মুংঙাই, লাইবৈবাক-তুদা।

৫

## লৈরাংবা

মোইরাং নোংবান কোঙয়ানবা অঙোম নিংথৌ মপাম্বি ;
খুবাই লৈমা নাওয়োকহে চাবা থকপা লোইখরে।
"ঙসি লৈরাংবসিদি খর ঙন্ন কাররগে,
নুরা মচা ইবেম্মা থাদোই মানা লাকপদা,
ঙাইগে লমখাং অমদা পিগে পান্ন থৎতুনা।"
অসি খন্না লাকপনা নুরা হৈদিকোন পাখং—
ফুংগাং নাওরোইথোং য়োরে। থোইবী য়েংবা উদবে॥
"ঐগী তালোই মঙানা তবা লাংবা থেংবনি
সুপী ফুগে হোবেমদি।" শাওখি তালোই শিংহুবু॥
কাপ্রমাল্লে হা[illegible] কাখৎলক্লে নোংবানসু।
লাইমাং লোমদা য়েংবদা থোইবী উদে কোংয়ানবা।
খোংগুন্ তন্না য়েংঙকই। খুকুম খোংদা ময়াইচেং
উবে উফুল অহুদা "খোংগুন তাবে কৈনো!
লৈরমদবা অসিদে" খল্লে নোংবান মবুক্তা!
খোংগুনহুদি থাদোইগী মমাতোনগী খোংগুননি।
ঙমাং ম্যাগা খৎনবা নিঙেঙান লাকপা অদুনা
ওক্লমই ফিদা মখৈ। থেংনরুবে নোংবান্না।
"কয়া কুইবে ময়ামসে কনা কনা কাররক্লে?"
হংউবদা নিপাদো "কৈদৌগগে কাররক্লে—
থোংলেন চাওবা য়োৗরক্লে মোইরাং লোইনা স্মদোরে।
খম্ব-থোইবী অনিগা ফৈরোইজাম্বা মবাইনে
মচেম খম্ব কৌবীনে লাই মরিদি লাক্তবি।"
খুম্বিমক্লে নিপাদো নোংবান য়েংনিংদহনা।
নোংবান মানা "চিংখুবা পংখরেদা মহাক্-তে,

থোইবী নচা অহুদি মানা সীতা ওইহুনা,
খম্বা মানা রাবোন ওই, খম্ন্ দোলাই অপাইবা,
কৈরোইজাম্বা শাথোবা পুরহুনা নতুংদা,
সমুদ্র লাইজ লোক্তাক তুবৎ কৈনা লান্দুনা,
পুক্রে খুমন লৈপাক্তা।” হায়রম্নগা শোন বোইনা,
চৎপ্রে কমপ্রে মকমদা নিঙ্ঙোন লাকপা চৈহোই।
নোংবান মহু তাখিদে তাররম্ন খুন্নমদে॥
মজাইবেন্মা থোইবীদি মমা মরাম' হৌবদা
“ঐদি সেনু ঐথোইনি, তপ্ন-কোম্না লাকচগে
লেংখৎপিরো ইমাথোই” কোম্নহৌই থাদোইনা॥
মজাইবেন্মা ওরাংহু লৈরাং লেংবা লাকপদা
“ওকচিন থোংদা ঙাইজগে” হায়রম্নীদি হায়হুনা
খুমন ঙাইগে নিংহুনা খর মমৈ ওইরপ্না,
ঙাংখম লৈকাইরোমদগী লাকএ ওকচিন থোংলোমদা।
থোংখোং অহু যৌবদা “সেনু! চিন্দৈ খুদৈসে,
খর লুপউ তুরেন্দা।” হাযবকইদো থোইবীনা।
সেনু যেংথোকখিবদা—লমদম খবা তামপ্না,
খম্ন্ খম্বা অনিনে মবাই কৈরোইজাম্বনে,
লাকইবহু উবদা শাওরে—সেনু ‘ফরেদো,
সেনু ঐগুম্বদবু খুমন মাবু ঙাইখিসি,
হাযমু হেকতা বৈদৌই। করি থুপকম থোক্তুনা!
কোইজাননা ঙাংবা শাই মাগী দমক হায়হুনা,
ঙসিফাওবা লৈরবা তোগে ঙসি খংউদো।”
শাওবে সেনু কুমথবে। চিন্দে খুদৈ হোংদোক্লে।
হবাও ফনেক নিংথিবা থম্নে খোংন্নুং অহুদা।
নূরা মাগী শম্নাংদো শমজি রাংনা পুনখৎলে।
হংগৎহন্দা লান্দুনা ইবোইহুনা লৈথোক্লে।

কারক্করে সেন্নুদো। মবেন্মদি মাত্নুনা,
থোয়না হেন্না হারাওরে। থোইবী মদোম লেপখরে॥
থাদোয় মানা লৈবক্ছু ফৈরোইজাগ্না উহনা,
"খুমন য়েংউ আদেসে, মজাইবেন্মা নৎত্তরা?"
"মানি ইবাই ইবুংঙো" খুন্নই খুমন মবাইদা।
"খুমন চন্নু চৎখৎলো। লৈপাক থাথোক ওইরনি।
লেপইবসি উবরা? হৌখো! কামিন্নরম্মো।
ঐখোই তুংদা কারক্কে" হায়না খম্ন্ন হেক্সৎলে।
খুমন মসেন মবাইনা ভানুবম থেংখাং শাবা,
নুংসজ্ঞীগী তুথুপ্তা তোরৈথেক কোচিন 'মদা
লৈথহৌরে ফঙ্কোরে। খুমন মচেম য়োরক্লে।
থাদোই মনাক য়োবদা খম্ন্ন মানা কৌরকই—
"মজাইবেন্মা! ইবেন্মা!" কৌই খম্ন্ন অনিরক।
খুমদে অত্নু ফাওবদা। "কৌজবিনে মনাই ঐ,
তাবিত্রবরা কৈনো?" অছুম্নক্লি সুবদা
"খুমন চন্নু করিনো ঐবু ইনা পংবরা
করি থৌগী তাদনি!" খম্ন্ন স্বাই হেক লাওরকই
থোইবী পাওখুম তাবদা। থোইবী মাগী পাওখুম্না
খম্ন্ন লক্কক তৌবদা, থোইবী ইকাই কিরক্লে।
থোন্দু হকুমনখিবনা, অমুক হন্না হায়রকই—
"থিন্নি হায়না ইপাদি দগ্তি তাহৌরে হায়দো!"
মমাই হেক ভাংনা ভাংই। খম্ন্ন মাদি থাজরে।
"হুদি ইপু ইনাইদি, মাংজোনবা কারসি।"
খম্নুই রাত্নু তাবদা "অত্নুবুনে, পাপচেনবী!
ফৎতরবী অমনা অমুক বেরা তৌবিরি।
নহোয় ময়াম অসিগী হাক্তে হুক্ষম ওইবিরো
নহোই ভেকচাক নক্ষম্নি নঙ্গিনবিরো নহোইনা

পেঙ্গরে। ঐসিমক্তা ওস্থোকপগী লাইবক্নি।
সেন্নু কৌই তাদরে কম্নো হৌজিক তৌদোবা !!"
খুম্মি থোইবী ৱাসিন্নে চুম্মি খল্লি খম্বদো,
কোকখি মাগী চিংনবা থাদোই মতৌ উবদা॥
মসেম মবাই অনিনা উরে অথাপ্পদগী
"খুমন, যেংউ! কন্নিনো? বেরা অমা তৌনম্নে,
আসি ঙাইবিঙেদদি মতম অসি থেংগ্রনি।
ইসেন ইবাই চংলসি মহোয় কোম্না লাক্লন্নু।"—
"ফবে ইবাই ইবুংঙো।" হায়না মসেন মবাইদো
সন্না চংকে হায়দুনা কুমথখবে তুবেন্দা॥
মতম অতু মক্তদা সেন্নু অতু কারক্লে।
সেন্নু যেংঙে থোইবীনা—"আদৈ নিপা অনিসে,
সেন্নু কনা কনানো? লাইগী নৈন্সু পুন্নিনে।
ফংত হাওদি মরক্তা কৌক ফারু কনানো।"
থাদোই যাথং ফংবদা হৌনমাল্লে মাসিমা
মপুই মনাই হায়বসে য়াথংদুনা মকন্বা
কৈরোইজাম্বা খম্ববু খংমবনি সেন্নুদো।
মশক মশা য়েংখিদে সেন্নু তান্নখিদুনা॥
তুবেন মখা অদুদা কুমথগ্রবা অনিদু
খুদাং-খুদাং পাযদুনা চিংখৎলক্লে মথক্তা
"করম করম্বা নিপা, কন্নি লোইশং কাবনো?
ফুজু দবু কাবরা। চুগুম চুবা নেংকনি,
পুন্নি ঐদি লাইগী নৈ খংদবরা কন্নিনো?
সন্নম মারক শিংলক্তা।" হায়না চৈবে সেন্নুনা॥
তুবেন পম্বক অদুদা কাখৎলগা সেন্নুদা—
"কবি সেন্নু নহাক্না ফুজু হায়দি কন্নিনো?
সেন্দোই ঙাকপি নিংবরা কন্নি হায়ে নহাক্না।"

শাওরে কৈরোইজাহ্নদো—খম্ব, "ইবাই ইবুংঙো!
ফুর্জু লোইশং হায়ববু করিবুনো ইবাইবু?"—
"করি ৱানো অঙাংমু নিংখিবৱা! কন্নিনো!
থোংতেক খুত্তেকপশিংনা কাবা লোইশং অহুবু,
পয়া সংগাই হুবনি তুবু ফুর্জু কৌইদো।"
শাওরে কৈরোইজাহ্ননা, খাদোই মানা উৎক্লে।—
"লবাই খুমু থোংঙোম্বী! য়োং থৌগললবী সিদি—
শাওমু তাদ শেলুংবা—সেনে পাম লোয়োনে।"
হায়না মজা ইবেম্মা, পাম পিয়ে সেম্মুদা।
সেম্মু মানা—"শেলুংবা শাওমু ঐনা নত্তেকো—
ইন্সিম্মুনা হায়বনি" খুমন তোম্পোক মঙোন্দা
পাম চহুম অমগা পিবে সেম্মু মহাক্না।
"ঐদি ওকএ" হায়তুনা খম্বা পাম লৌদরে।
"কৈনো লৌবিয়ুগবা" হায়বে সেম্মু মহাক্না—
"ঐদি চাজনিংদরে শাওজরুবা নংচদে,
লৈরাং অসি কংত্রিঙৈ—তুগী হায়জরুবনি।"
খুমন মৱা তাবদা—লৌদ লৌবা করিনো!
ইবাই ইরাই পায়জনি। মবাই মৱা তাবদা,
পাম অহু লৌরগা, পিরে খম্ব, মবাইদা॥
থোংকাপ মঙা তৱাদং সেগা মাইগা তৌরিঙৈ,
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা লৈপাক পুবা অঙম্বা,
থাংজিং লাইগী মরমদা লৈপাক মরা ভপ্পবা,
হি-য়াই লোগে হায়তুনা লাংগোই তোংনা থৌরকপা,
য়াংলৌ লম্মথাংহুনা মচা মমৌ নুরাশিং
মজা ইবেম্মা লৈম্বিবা উরতুনা খল্লকই—
"হায়ঙম্মদবা মোইরাংনি অঙোম নোংবান তাক্নগা,
ওইরমনি খেরাবু চাইখাইদবা য়াদরে।"

লমদম খর থাপ্লপ্লা লাওরে চাওবা নোংথোম্বা—
"কেগে মোইরাং লমজাওদা মপু সনা য়াথংবু
থৌওইদবা মোইরাংশা! লৈপাক নিংথৌ পান্দবা,
কাক্চুম লাবা অমোম্ব য়েৎওইদি খাইরক্লুনা
থৌশাদবা কনানো? সেল্লৌ উচান খাংনগে,
চাওবা ইতিক খংউদো।" চৈবে সয়াংথকতগী॥
কৈরোইজাম্বা খম্বনে খুমন মচা নিপানে,
কিরক্লুনা অহুমদো, হাইজিনখরে খুল্লক্না।
সেম্বু মপু মনাইতা চুমক্রিং লেপ্লে লৈহৌরে॥
থাদোই লৌশিং চাওবীনি হাইনা হুম্না পাঙ্গবী,
কেগেদবু লমকেৎপী মোইরাংদমা লমথোইবী,
শাওরে মজা ইবেম্মা! "—মোইবাং ওম্বা কনানো?
লৈপাক পুবে হাইরগা নিংথৌ মনা মথিন চা,
মুপীগীনা লম্বী 'মা নিপাগীনা লম্বী 'মা,
তোপ্পা তোপ্পা শেমদনা লৈপাক পুবা ওমদানা
নথুজিন্দি য়াওদনা নকম-দ-ম নাইনিংবা
লৈপাক রাথোক য়াম্মনবা, খংগনিদো ওসিদি।
ইপন নিংথৌ হংগৎকে নকম থাগে লৈরম্মু।"
থাদোই মরা তাবদা চামনখিবা অহুদা
চাওবা খুক্কম লৈখিদে—লাংগোই অহু থৌখরে।
"পাংজদেদা" হায়রুনা নোক্লে কৈরোইজাম্ববু
মজাইবেম্মা থোইবীনা। কৈবোইজাম্বা সেলুংবা—
"নপু ননাই অহুম্না ওাহাক কোম্ব-হৌরোদা।
ইসেন ইবাই হেঙ্গৎকে।" হায়রে, তানরক্লুনা,
"চুমই ঐখোই কোম্বগে হেঙ্গৎপিরো" হায়রুনা,
মসেন মবাই হেঙ্গংলে। থাংজিং লাইকোন তমখরে॥
থাংজিং লাইগী মুমাংদা মসেন মবাই চংলক্লে।

লৈপাক তিনবা লোইরম্রে লৈম নিংথৌ সুরম্মে।
অমিত্তুনা লাকপদো উবে মোইরাং নিংথৌনা।—
"থাংজিং হৱাও-শক্-শেম্বা, খেলায় পুংদোই লেপ্ল,
পুন্সি-মুংশাং লৈবু থি, থাংজিং হৱাওবসিদা,
লাংজেং কাইবা ইহুন তম, পাখং পুংদোম কাববু,
শামান লামায়বনা, খাবাং লেংকাং চৎপবু,
শক্ল্-চুস্থ ৱাৎতবা স্নুম্বসি উখিদবা
কুমজা ফনা ওইখরে। পুক্লিং লিম্না ৬াপ্লবা
চেংলৌ শক্লা থৌগোইবা, অনিসিবু কনানো?"
মপু সনা পুক্লিংদা মশেন মবাই অহুবু
কনা কনা ওইবিদনো অম্সুম হায়মা থনখরে।
ঙসি কোবৌ অসিদা ফজবদা থেংখবে,
নাম ওইরম্দগী জোডা তাৱকপত্নুদা,
হায় ফজবদগী শরুক কযা হেঙ্গৎলে।
খোয়ুম লাইনা থাবগুম নিংথিজরে অনিদো।
পণ্ডিত অনি ফম্বুদা থাংমৈ অনি থানবদা
হেঙ্গংপঙ্গম ফজবা সংসাবগী নিযোম্না
শীঙনবগুম থোকপনা যেংনৈ লৈপাক মীয়ামসু॥
মপু মোইবাং নিংথৌনা—নোংথোম্ববু কৌরকই—
"ইপু-নোংথোন কনানো? লৈপাক কাবা লোইরগা
লাকই লেম্নবগুম্না।" ৱাফম অহু ভাবদা
মুংশা থিরুই চাওবদো। চাওবা পাওখুম পিত্রিঙৈ,
"য়েংতা চৎপা অসিদি, থামেন চৎপা শেৎপনি।
ঐগী মীনি, ওইবিনি—ঐনা মিংযেং শোনবনি।
থাংগৈ শেংবা থংদরে। ওইদা চৎপা অসিদি,
ফীজম শেংলি নোংথোম্বা। পুলৈ কুচু ঙংঙ্রাবা,
কবানোনে হাওগরা ইমুং লাকোই তাংগ-গুম

নিংখিজবা পাখংসে, লৈপোন পায়'না লাকইবা!
কেগে কনায মচানো? মোইরাং কনা পোকপনো?"
হংবিরক্লে নিংথৌনা খুমন মশেন মবাইবু॥
চাওবা মানা নিংথৌদা—"ঐবু লোইবা লৈমাবা!
য়েংত চৎপা মনাইসে লৈবাং শুন্দি য়াওদবা;
মপু সনা চোয়োম্না শিঙেন মাবু শেম্বিবা,
মোইবাং চাওবা অপংবা মনাই ঐনা পোকচবা,
কৈরোইজাম্বা মনাইনি॥ ওইদা চৎপা অসিনা
মুংখববা কাংখুন-দৈ লৈবাং মৌনা খুবু হুন্,
সনা খুংনা শেম্বিবা, মপু য়াথং কোক্ত থোং,
ঙরাং চিংদা লৈ হেকপা, ঙসি তমদা লৈবাংউ
তাকপিথিবা মনাইদো খুমন লমজা খম্বনি॥"
হংগংচুরে থিন্দনা মমাক মচা অনিবু।
চাওবা মরা তাবদা—"মুংঙাইরেদা নোংথোম্বা।
কেগে মোইরাং লৈপাকতা অসিগুম্বা শক্লিবু
উমরোইগবরদি নিংউরেদো ঐহাক্না॥"
পুক্লিংদদা নিংবদৈ নিংথৌ চিনবু থোরক্লে।
মনাই অনি উবদা সনা পুক্লিং পেনখরে॥
"মচেম লমজা খম্বদি—লাকওইদরা কবিনো!"
হংবিথবে মপুনা মুংশিহুনা তুমন্ন।
চাওবা—"থাংগৈ শেংবদি খংজদরে মনাই ঐ,
লাকনিনা লাককম্নি" অন্নুম হায়না হংগংলি।
"ঙসি মুমিং অসিদি কমকম-লাককম সিনবসি,
অতৈ সিহ্লনবিরম্নু। নং মক্না হেক মশিল্লো।
লমজা সারা অপুম্বা নিংথিজনা কম্বাম্।
মুক্রা মুংজেংপান 'তোম্বী মপুক মুংশিহমগন্নু।
লোইনা শিল্ল নিংথিনা শোইবা য়াদে ইপুনা॥"

সনা খ্রাথং অতুম্ম নিংথিজনা শিন্নরে।
"মমা মপা লৈত'-বু অমুক হেন্না নুংঙাইনা
ফমহল্লকো শোইগনি।" অসি ফাওবা হাযদোকপি।
চাওবা নোমজেন চেন্দুনা থাংজিং লাইগী মসুমাং,
লৌ পন্নি অমা হেন্না মরাক মমুং ওইরবা,
লৈপাক তিনবা অতুবু নোমজেন চেন্না শিল্লকই॥
সিল্লিঙৈলিমক্তদা লাকএ নূরা অহুমদো,
য়েংতা থাদোই ইবেম্মা, ওইদা খম্ব থংহুনা,
অন্নি তুংদা সেন্নুনা, মপু থোগন তৌহুনা॥
লাইগী সুমাং মচিন্দা লান্সিল্লকপা মক্তদা॥,
চিংউ মাবু খুবম্মী নিংথৌ প্রজা খুনম্মি.
থাজ মাইথোং মাল্লবী, থম্বাল লৈবিক ঙমজবী,
শাইনোন লুনাং শমাংগা, মহু কাইনা লিশিংগা
তাংজ লৈদা চেপ্তুনা। চংশিল্লক্লে অহুমদো॥
চাওব তন্না কৌশিল্লী—"ইপু নোংথোন লাকখোনে।"
চাওবা চন্সিল্লক্তুনা মপু সনা মাংহুদা,—
"তাকপিসিদ্রে, ইনিংথৌ! মপু সনা খ্রাথংদো
চরৈ নহোং শাজগে, মালৌ থুপকিজনবি।
মনাই চাওবা ঐহাক্না শম্মু নমদা পোজগে॥"
মপু সনা মাংহুদা চাওবা তন্না চংখরে।
"ইপু নোংথোন ঙসিদি পুক্লিং যান্না মুংঙাইবে
ঐগী মোইবাং লৈপাকসে চেংলৌ শক্তা হেল্লবা
পুক্লুং লিম্ন-ঙাল্লবা ফজরবা শক-তবু,
উরে তোমথিন ঙাক্তনা। 'মুনবা তাওজিং হৈগুম্বী,
লৈরাং ওইবী অহুমদং চংলকইবা অসিবু;
ইপু কনা কনানো ত্তাকউগবা ঐতোন্দা।
নিংথৌ ঐদি খংদবে মিংয়েং উয়োন শোইবন্না

নিংথিজক্লে অহুমসে কেগে মোইরাং মচারা?
হৈরেম খুগ্লাম লমদৈরা, খুরাই লাইরেন, কনানো?
য়েংথংলিবী অসিবু ফজবগী মথক্তা,
লিক্ল-কোন্ন চরৈনা, সনা মণি থাম্বগুম
কোরৌ মানা তৌবগুম মঙান চাওবী নূরানি।
মাগী ওইদা চংলিবী, মাবু নমকক্ ফজবী,
ফিগে-ফীরাং শেংতবী চিন্তা পোৎলুম পুগুম্বী,
মণি চেনবী সিদগী ইংনা হেন্ন ফজবী;
সরৎ নিন্দুং ওমজবি নূরা'সিনা কনানো?"
হংবিরক্লে নিংথৌনা। "ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
য়েংতা চংপি নূরাসে ননাও'বুংঙো যুবরাজ,
চিংখু নহা তেইহ্নবা, সনা লকা তাংবুম-ঈ;
ইবেম্মা, সংব লংমাই-নিংথৌ-চন্নু লংমাই-দি
সংলো এংখুরাংবিগী; শিঙেল্ লমওক্ লৈ-নিদো।
কেগেদবু তাংলবী মোইরাংদবু থোইরবী;
নজাইবেম্মা থোইবীনি। নাকন মাইকৈ য়েংদবী
মরু লুক্লা চংলিবী তাংদন হুম্বাই পায়বীসে,
ননাই সেন্নু কৌবিনি॥ ওইদা চংপী অসিনা,
কম্বি লৈজদবীনি হায়বিবনা হেম্মনখ্রে।
লাইরবীদি খম্ননি খুমন লমজা চন্নুনি॥"
চাওবৈ মরা তাবদা সম্বা পুক্লিং ব্বারৌরে।
"করি ব্বানো নোংথোম্বা ফজৈ হায়রি ঐহাক্লা।
ফজদব্বা অসিবো? হায়ু কনায় মচানো?
খংনা খংনা হংখরে। চাওব খংলে পুক্লিংদো,"
"মোইরাং লৈকোই মপুরেন! চুমই অজ্ঞা" খুমখরে।
অমুক হন্না "ননাইসি ননাই খঙ্গে মচেম্নি,
খুমন চন্নু খম্ননি।" হন্না হন্না হংগংলে॥

সনা পুক্লিং পেনখরে।—"নিংঙোল চুবা ভাইখিং-থক
খম্বু! শাইনোন ইতাই-খা, সাইদোন পুম্না কম্নবী।
খুদাং পিক্কম তৈবনা চায়রুং ময়েং তাৎরবী।
নুজা মাগী ফৎফম্না মরুনিকো নোংথোম্বা!
চৎলো কম্ফম্ পিক্করো"। তাকপিবগা নিংথৌনা,
চাওবা লৈথোরকপগা, নিংথৌ তালোই অতোম্বী,
চিংখু-তালোই অতোম্বী অমি চেম্থোরক্কুনা,
মজাইবেম্মা থোইবীবু খুৎনা খম্ন পুশিনখ্রে।
সেন্নু মতুং ইনখরে।—মৈদিঙু সনা লৈচোন
কৈথেন্ লেন্দা য়োনবা-হৈ. হৈরাং পুক্লিং তাববু,
খঙ্গৎলগা, অতৈনা পামদ--তাওজিং নথৈনা
খৎতোক্কুনা খম্বা—মতৌদুগুন ওঁসবু
থাংজিং লাইগী লাইমাংদা কেগে লৈপাক মাংহুদা,
হৈরাং মপান করিবী থাদোই পুসিনখরগা
খৎতোক্কুনা খনম্লে লমজা খম্নু লাইরবী!!
উত্রা মাংদা তায়ুংবা লমজাউ এহিলং থাবগুম
থাদোক্লম্লে নুজাদো॥ তিঙক তিঙক লেপহৌরে।
খম্বা মচে উবদা মিৎতা পিবু তারকই।
মৌপুরাগী মতৌদো লমজা মচেম উরুরে,
পলেম পম্থৌ অনিগী ফমফম হাংইবহুনে,
পলেম পম্থৌ মরুপ্পী অমমকম্নু রাৎতবা,
লৈরি' ময়ামদুমদি খম্নু মাবু কৌবিদা।
ময়াম অসি খনবদা ইকাই ইকি হুন্দোক্লে।
খুমন মাগী হায়দুনা কনা লৈজদবগী
মৌপুবাগী ফী-খর, খুরা খুৎতা পায়জবা।
কোরৌ খম্নুং নোং-খোংলে, লোইজিং ইরাও খোন-শুম্না,
"ইদু নিংথৌ ইকুংঙো! নোংয়াই হাম্না কাখিবা,

খঙঙম্মনি মহাক্তি! পলেম পম্থৌ অনিবু,
খম্ব কদায় ফম্মিবা! ফম্বা ওইবা পম্থোশা!
পলেন ইমায় মতাশা! ইমায় মফম তাকপিয়ু!
লমজা পোকপী হা ইমা!" হায়না খম্বু কপ্লক্লে!!
মমৌমিশা চাওবম্থু চিংশিল্লুবা য়াদরে।
কুইবনত্তে মতমদো ৱাংলেন শিকুপ 'মতমি।
নোংথোনবিস্থু খংহৌদে, থোংলেনবীস্থু ঈহৌদে।
অহন মতম ওইব-ঙাক, মিৎযেং উ-য়োম শোইরুরে।
"কনানোনে" হায়হুনা সুম্না-হংন লৈনরে॥
লৈপাকপুম্ব কপ্পরে। থোংলেন মাদি য়েংউদে,
মমিং উইশিল্লহুনা লৈকই ৱাখন তৌহুনা।
ময়াম লাংনবহুদা থোংলেন মমিৎ পাংথোকই।
ফম্মিন্নবা অঙম্বা, সুৎ-সুৎ লাওনা কপ্পদো,
উরে। থোংলেন হংলকই—"কৈনো তৌরিবহুবে:?"
"য়েংউ মন্ত্রি আদৈসে, খোয়স্থু থোকপা য়াবনি!
কনা যেংহৈরবনো।" সুমাংহুনা চাওবনা
উদে খংদে মশক্তি নিম্নবিবা ৱাফমহু,
তম্মে থোংলেন মপাদা॥ থোংলেম থাংশাং সংথবে!
লমজা মচাই প্রেমহুনা থাম্বী মৈবু ওইহুনা,
চোংপোকখবে থোংলেনবা—"মমা মানবী কনান্না,
মপা মানবা 'মতম্না চিংসিনবিবা ময়াইন্না।
কুমৈ য়েংই হায়াযো! থোকফদরা মখোইদে!
অত্তেল-অশাং খুন্নিনা!!—মপা মমা নংঐ লৈ,
অহুক মুন্না শিন্নরে, অহুগবু মহাক্লা,—
অতৈ কোন্না, থোংলেনবী হান্না লোইগে ঙসিদি।
(সৱাও লাল্লাঙখোল লাংরে। থাংগী জগোই শারক্লে)
ঐগুম্বগী ইচানা মমা নপা কৌহুনা

:কগে লৈপাক মমাংদা কপই হায়বদি ওসি,
মপি মতুম মতুম্ব থোংলেন শিন্থরক্লনা,
ওন্সিন্দুনা নিংথৌদা) লমজা লৈবা য়াদরে,
দায়া তাকদবোইয়ে! মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো!
লৈজররোই চৎলগে। মপা মমা লৈতবা
লমজা ইচা পুন্থনা—মপা মমা থিরুগে!"
থোংলেন মানা লাওরক্লে। মোইরাং নিংথৌ খাথরে।
মহারাণী য়েংঙকই ইবেম্মচু হৌগৎলে।
ময়াম ইভক ওক্লরে। খম্ব মখুৎ পায়দুনা
চিংশিল্লক্লে থোংলেন্না থোংলেনবীগী মমাংদা।
থোংলেনবীনা "ইবেম্মা! ইচা ওইরে" হায়রদুনা,
থাংবু তাবু কিথিদে থোংলেন ইম্থোক্লমদুনা
কোন্সিনখবে খম্ববু। নিংথেংননা তুহোই,
অহোয়ননা তুসিন্নৈ, থোংলেন থাংচু হুন্দোকই।
থোংলেন ফাক-ফাক নোকথোকই—"নিঙোম্নিদি হায়দুনা,
নশরুক্লি তৌবোইরে। চাওথোকপা শাবে—ফৈ-ফৈ।
তৌজো তৌজো ঐগীম্ব, ইচা শরুক লৈজেদো!"—
থোংলেন চেন্সিল্লক্কনা খম্বা মাগী মমাংদা—
"য়েঙো য়েঙো নমাদা মচা নিঙোন অসিবু,
ইপা' পায়রুই হায়দুনা ইম্বুবিদো ইপাবু;
ঐম্ব ইচা পনজনি।" হায়রদুনা থোংলেন্না,
মোইরাং লৈপাক মাংদুদা লৈম-নিংথৌ ভিনবদা,
খুমন মচা অহুবু—কৌজেং হারৌ ফারগা,
চেক্লা মপীশিংদুনা মচা মায়োক্লবগুম,
থোংলেন মানা পম্মুয়ে। থোংলেন মানা শায়রকপা
পান্ন অতু খম্বদা চিম্থেংননা ইল্লুবে।
থোংলেন মাগী মতোদো মীনা লাইনা উথরে।

শুণবু লৈবা নিপানা তৌরি মখৈ ফজ'নৈ
হৌনবোইদো পেম্নবা—পেম্নৈ মোইবাং লৈপাক্লা॥
নোংথোনবীনা চংদুনা লমজা ওইবী খম্বদা,
"খুমন চনু! ইমানা মিংথেং উ-যোন শোনবনা
উরুদয়ে ইমোবু! ৱাক্লগম্নু ইমাও!
ইমা লৈনে ইবেম্মা!" হায়না খম্ব মহাকপু
থোংলেনবীগী তম্পাক-তে চিংখৎলুরে।
"ইমা চরৈ হোংবি.গ।" হায়না নোংথোম্বীদুনা,
চরৈ খাংচেৎ হোংবিরে। হবাও ফীজোন শেৎখরে।
থোইবীনদি শক্তিক ওই, খম্ব মামা থবা ওই,
মোইরাং থাংজিং লাই-সুমাং—স্নুক্লা মুবা অত্তিয়া,
নোংপোক নোংচুপ অনিদা ইলং-লংনা থোকখরে।—
ইমুং থাংমৈ ওইখবে। থাংমৈ মাগী মঙাম্না
কেগে ভাবোক অপুম্বা অমুক তোইনা ঙাল্লক্লে।—
ম্নেকংবনা পাকউবা, চিংউবমা শাংবনি,
থাংজিং মাগী সুমাংদা থোকই থবক অসিবু,
মিকুপ 'মগী মমুংদা চিংউ মাগী লীলাদা॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা 'ঙম্বা ময়াম কৌশিল্লে।
মোইরাং চাওবা য়েংদুনা—"চাওবা—অজ্ঞা। নোংথোম্বা—
লৈমাবা। লুৱাংসু-ও—পুরিক্লাই। চেংলৌ লাকপা—
ইনিংথৌবু। ঙসিদি, ঐ ৱা হায়কো শোইজনি।
ঐগী ইবুক থুংনবা থবক তৌবিগদ'নি।
নংত্রবদি 'ঙম্বশিং নফম লোইনা তাগনি।"
হায়রিরক্লে ময়ামদো। ভাবতি ইতা তাদরে,
লাংনরক্লে নিক্লরে, লাংবন লৈদা চংলবা
তাংজ-লিন্-গুম্ মোগ্নবে। মপু সনা য়াথংনা,
কৌরে দোলাই পাব-শিং। লিচৈ কদায় হায়রবদা

কাংজৈ লীঙাক পৈরক্লে। মোইরাং অতৈ অঙম্বা
মিহুল-লুত্তোন্ কাম্নবে। খুজিন্না শিরুহনা
"কৈনো চাওবা নোংথোম্বা ঙসি তৌবিবসিবো?"
হংনজবা শাবদা—চাওবনা থোইবা মন্নে।
হৈরাং পাম্বী অমদা তাপজিং হৈমান্নদগুম
মীনি মীমান্নদবোই, কমদাগনি ৱারুদে
কম্থোন কানি হবাওদে শিনি থোইনা কিদবোই।
ৱানরিঙৈ সিমক্তা কাগি তৌবা য়াওবকই—
খুযোল্লাকপনা—"বাসে, ঐদি মংগন হাক্কজৈ,
খংদ্রে করি থোক্কবা!"—"মংঙোন্দগী হৌহন্সি।"
অমনা অমা হেক হায স্থুম নৈদুনা লৈরকই।
মযামদুনা চাওবদা ইন্সিল্লক্লে মমৈদা।
মোইরাং চাওবা লৌশিংবা খংঙকত্রবদুদদি
মপু সনা চোরোন্দা ইতিং তিংবা পুকচেন্না—
"ঐবু লোম্নবা ইনিংথৌ, শাগী শাওং খংদরে;
লানগী লাল-ওং তাদবে। ইচুম চুম্বা মপুগী
সনা যাথং অসিবু পংবনা ননাই 'খোইনা
লৌবা ঙমদ্রে লাইনিংথৌ! খংদ্রববু খংনবা
তাকপিবনা মপুনা থোক্কবয়া চোয়োন্না॥
হংগৎলক্লে চাওবনা॥ "চুনই ঐনা পাংউরে,
চৈস্থ হঞ্জিহল্লনথ্রো মযাম লোইনা থাদোকপ্রো।"
তাকপিদুনা নিংথৌনা ঙম্বা মযাম চংখরে।
চাওবা মদোম ঙাইহৌরে। মপু মোইবাং নিংথৌনা—
"ইপু চাওবা খংদ্রেকো—চাওবা নংদি পুংখ্রেদা,
মমাই নাক্তা কমখিবী—চুম্না কম্বা হায়'দুনি।—
হুবু কমদৌরিবগে?"—"ননাই খম্ব, লাইরবী
কীবোং কিদা কমজরি। মতিক চাদে হান্নমগা,

ফীজম ওইবা ফীদা ফম্বনজগে ইনিংথো।"
চাওবে পাওখুম তাবদা—"করি চাওবা নোংথোম্বা!
মংগুম্বগী ফীবোংনা করি গুন্দি লৈহুনা?"—
"মপুইবুংগো তাবিয়ু। ফীবোং হায়বা ফীদাদি,
চাওই গুন্দি মহাক্না; থাগী ফ্রাংজি হায়বদি,
লায়রোন্দদি পিকই-হায়।" চাওবে মন্না তাবদা—
"মংগী লাইগী 'ভুখংদে। কেগে মোইরাং লৈপাক্তা,
মুয়া ইচা ইবেম্মা, চাওয়িবাইবু মহাক্নি।
মাগা চপ হেক মান্না কম্বুগা ঐ অসে,
শিপ্রবম্ভু পেম্নগে। লাইরৈবাক্তা তম্মুগে
মপা মমা অনিদা।" বারম অসি তাবদা,
চাওবা মপি নাম্বুরে। পিহু সং হেক তৈথোকই।
নোক্নিমৈ হেক নোংথোম্বা—"অহুম অমুম ওইবদা,
হৌনবা করি কাইনি, খনবিগনি মপুনা,
লৈপাক মন্নাম অসিনা খনখিগরা করি'মা।"
হংগৎচবে মপুদা।—"করি বানো নোংথোম্বা!
লৈপাক হাযবু কদায়নো? করি মতিক চাদনি,
মতিক চানা থোরকপা কনা কনা য়াওবগে?
মতিক চানবহুদি শেম্নগদা চাবনি।
পুরেম্বগী মচানি গান্ধ-বৈম'-পোকপনি,
মহু মিংথো খম্বনি, চাওব মংগী নমৌনি।
কৈরোইজাম্বা সেন্নুংবা ইনাইহুগী তালোইনি।
খুমন নিংথৌ ধারানি। কাওরবরা নোংথোম্বা?
থমু হায়রি অসিবো, নিংথৌ ঐগী ইচানি।
খুমন মুমদা মহাকপু লোইদাব থাবুম অহুবদা
তাঙ্গরৈমা মমানা পুখিবদো অহুভে।"
মপু য়াথং তাবদা চাওবা খোয়মু নৌথরে।

"য়াম্না ফরে ইনিংথৌ—ননাই চাওবা খংজরে।"
য়াজখরে চাওবমু। "অহুনকপু নোংথোম্বা—
ৱাগী শরুক তুদদি ইনাওতোনগী থুংখিসি।
অমুক্তদি হায়জরু হুনা থোক্কদমাল্লে।"
মপু য়াথং কোক্তথোং—মোইরাং চাওবা চংলক্লে।
চিংখুবদা হায়রুরে মপু সনা য়াথংদো॥
চিংখুবনা য়ানিংদ্রে। সনা য়াথং ওইবনে,
মোইরাং ঙম্বা অঙম্বা অচৌবগা ওইবগা,
ৱাহৈ অহু চাওরপ্না চাওবা মাম্মু ঙাংনরুই।
"হুদি ফরে" হায়হুনা চিংখুবগা চাওবগা—
মপু সনা চোরোন্দা চংনরক্লে অনিমক।
চিংখু নহা তেৎহৈলবা ময়াম্বুংগী চোরোন্দা,
মখুৎ অশি লোঃরে।—"ননাই নচা থোইবীদি,
কেগে মোইরাং লৈপাকতা লৈরাং তোমসাংনবিনি।
মোইরাং মীচম অমগা মান্নবা ফীদা থানি,
সনা য়াথংনি হায়না তাকপিররি ইপুনা।"
হংগৎপদা—নিংথৌনা মনাও ৱাফম শমহুনা—
"চুম্মি শানৌতোন, ঐনা ফম্মল্লু হায়খিবনি।"
হায়না তাকপিরক্লেদো। চিংখুবনা য়ানিংদ্রে।
তৌমু হায়না নিংথৌনা হন্না হন্না খাম্বদা—
"ননাই ঐদি য়াওররোই মোইরাং থাংজিং হরাওবা,
লাইগী লৈমন পুহুনা হরাওরগে তোংঙান্না—
মপুই পুক্লিং থুংবিরো মোইরাং নিংঙোম মরক্তা,
তিহলনরোই ইচামু। লৈরমুদি হায়রগা
লৈজররোই মোইরাংদা।" হংগৎখরে চিংখুবা।
মনাও মবা তাবদা মোইরাং নিংথৌ মুংঙাইদ্রে।—
পাক-চাওবদি লাইজনা সমুদ্র ইথক হৌবা,

হৌবদস্নু য়াংদবা তপথবস্নু মথিনবা—
থমোই লাইজ ইরেম্বুং শাওবা মালং য়ৈহুনা
লাইজ ইথক হৌখরে সনা পুক্লিং শাওখরে।
লাইজ মখোন থোক্লক্লে ইরাঙ খোন্দু তাবদা
মোইরাং কংলা নিল্লক্লে—"থক্লি-খাসি মাইদবা!
ঐদি য়াম্না কিজরে—চিংখু' ময়ুম নাক্তগী
খুংলাই মথে লৌখংলো। খংনিং অমা চিংথনু।"
সনা য়াথং হায়দোক্লে। মনুং ওইবা য়াথংদি
"লাংদ মরাংসিম্নোকো, লৌদি লৌখংলুগনু।"
সুম্না অযুক মেন্সিল্লি। মোইবাং মুংশা থিনবে।
"লেংহৈদবা সনা চিং, লেংঙে কয়্নো" হায়নবে।
চিংখু' লিংজেন খাবদো শাওব লুত্তোন কাবমা,
লৈম নিংথৌ কিরক্ত্রে। লৈপাক ভম্বা ময়াম্না,
অনিহুগী মরক্তা মুংলক হাবু ওনখরে।
মমৈহুদা নিংথৌনা—"ইনাও তোনবু চংঙকউ,
চাওবা নপু ননাই লাও! তাও ইয়াম্বা ব্বা হায়গে।—
অহুঙৈদো য়াম্বনা তোবুং শা-দাম' চংপদা,
পাম্ব-মঙা থোরক্লে, কৈবেন মঙা অহুনা
দোলাই কোঞ্জিন পায়খরে। কেগে লৈপাক কনানা
পাংগল লৈরক্ত্রবদা য়াইবী মাংবা তারবা,
পুরেনবনা য়াম্বগী থৱাই কনখিবনিদো।
পাম্বা মঙা অহুবু নপু পুরেম্বহুনা,
কৈরেন মরি হাংলগা অমা চংনা ফাবনি॥
পেনখ্রহুনা বাশকই। 'ইচা মুপী পোক্লগা
পিগে' হায়না নপুদা। ইচা নিংগোল পোক্তরে।
ময়ুম পান্দে নপুসু। মতম কুইনা লৈরক্লে।
মোংম নিনি নপুদো কোন্নুং কারকখিদরে।

চাওবা নপু সিদম্নি,—ঐনা হংউবদদি,
"পুরেম্বদি নাখরে। মনাই মশন্ মথুংতি,
মপুনদি চাদবা। মথুংনদি থোংহুম্না,
চারে য়াম্না ৱাখবে। মমাংঙৈদা মপুনা
নমোম লৈরাং শাংলগা পিনবিনি ৱাশকপা,
মতম ওইবে ইনিংথো।" হায়রে নপু অসিনা॥
ঐগী য়াথং ঙাইহুনা নপুনদি লৈববা—
মতম অহুক কুইবদা য়ুম্লেপ চার-তমখিদা।
পেল্লহুনা যাম্বনা পিনিংবনা খুহুম চন,
ঐগী তালোই থাইবগে নিংউবেদো যাম্বনা॥
তালোই খুদিং হংবদা, পুরেন' ময়ুম নাক্তুদা,
কুম্মু হায়বা মতমদা কনা'মতা য়াখিদ্রে।
ৱামনবনা ম্নাম্বনা পাংগন লৈবকত্রহুনা,
ঐনা লুনা নিংজবা ঐগী তালোই অতোম্বী,
নুজা মমৈ থংবীদি ঙাথ্নবৈমা নতৈনা,
মতম অদো ইবুংঙো, হৈরাং মহৈ য়ানখরে
তাওজিং মরু পনখবে থাবুম অহুম সুখরে।
থমোই লবা নুংহুদা অল্লা মিকুম লাকখরে॥
হায়নিংবদি য়াম্বনা মুজা মাবু থানিংলা,
ঐগী অৱাবা অহুবু য়েংবা ঙমদবহুনা—
"কেগে লৈপাক মপুও! মোইবাং নিংথৌ ইবুংঙো!
মপু সনা পুক্লিংনা মুংঙাইগদা লৈববা,
অৱাবহু কোক্লবা ননাই ঐহাক চৎচগে।
মাংদ-তাদ ওইরবা মকতরবা পুকচেম্না,
নুপী ওইবা ঐহাক্কী মবুংঙোগী বোবদো,
পিনবিয়ু লাইনিংথৌ! 'নুজা ওইবী মহাক্কা,
মপুবোইবৈ অৱাবা কোকপা ঙম্বা মখেদং—

কোক্লবা হোৎনখি।' হায়বা মিংচৎতুদদি,
মুজা ঐনা ফংজগে।" হায়না চোংথোক্লতুনা
নয়াম্বগী অৱাবা কোকখিনহায় শানৌতোন!!
ইয়াম্বনা মহাকপু তালোইশিংদা চনখিদ্রে।
ইপুক্কগী তাবনি ইচানিদি হায়দুনা—
মুজা মাবু নিংখিদো, কোকখি ঐগী অৱাবা॥
চাম খুজিং ওইদুনা অওং অউন তম্মিদো।
ইচা মক্লি হায়দুনা পিনখিদো মহাকপু।
থাবুম তরা সুবদা পোকই খম্বু কৌবিসি।
হায়নবগী তুংবু ইন, খম্বু মামা পোকপগা,
কংলাদবু পুখংলি। মুরা মমিং য়াম্বনা,
লৈপাক মাইবা খুরাই তাং, নিংথৌ পাঞ্জি, পুরেনবা,
মমিং থোক্লি হোৎতুনা, ইয়াম্বগী ইচানি॥
খুমন মাগী মরমদা লৈরাং শাৎখি হায়বগী,
খুমন চম্মু হায়বনি। ইয়াম্বনা পোকপনি॥
সিম্সু তোকও শানৌতোন। খুমন হায়বা অসিদা,
খম্বা খম্বু হায়বসে—খুমন লৈপাক অদুগী
খুমন নিংথৌ ইতাওনা,—'খুমন সনা ঈনি'-দো
থংই লৈরি, সিমস্সু—হুয়েং খুমন মখোইমা
'নংগী মোইরাং লৈপাকতা খুমন ঐবু করিগী,
লমজা ওইনা খন্দুনা করি ফমফম পিদবা;
নিংথৌ নিংথৌ মশেন্নি করি হুম্ভহনবগে?
নরৈপাক্লি হায়দুনা মোইরাং ননিং তৌবোইরে।'
হায়ররগা সিমস্থু খুৎফম লৈতে ইবুংগো!
ঐনা-সিমা খম্বুবু—ইজাইবেম্মা থাদোইগা
মাম্নহনগে হায়বনি। নংনা ঐনা পানবনি,
কেগে মোইরাং হায়বসি। ইচাই গুম্না করিদা

ময়েং তাবা লৈগনি, নংগী ঐগী হাক্তকা॥"
মপু মোইরাং নিংথৌগী নিংথিজবা ৱাফমদা—
মনাও'বুংঙো চিংখুবা থমোই চাক্লুম থোংখরে॥
মখুৎ জুব তৌদুনা—"ননাই ঐদি পংখরে,
পাপ চেল্লৌদা ঐহাক্তি! য়াম্বুং লৈবি হৌজিক্তি,
কৈম্মু ৱাংতে ননাই ঐ, হয়েং তুংদা ঐহাকপু,
কৱমদৌহৌগদনো," কপ্লে চিংখু নহাদো॥
"ইপু চাওবা ফম্মন্সি ইচা লমজা মাবুদি
খবা লুনা তৌসিকো। নম্মু থাদোই মাবুদি,
ফম্নিংলগা ফমসন্নু ফম্নিংদবে তোক্লন্নু।"
হায়দোকখবে চিংখুবা পেল্লে মবুক অত্তুদা।
খম্ন ওইবী লাইববী ময়াম্বনা পোকপনি
তশেং তশেং খংজরে হৱাওজয়ে চিংখুবা।
ইমোম অনি সুজরে অচু ফাওনা খনখরে॥
থোইবী খম্ন অনিদো কেগে মোইবাং লৈপাক মাং
ৱাংপা হেনবা লৈনদা। ফম্ফম লাংদা ফমখবে।
শিল্লে চাওবা মহাক্লা। হৱাওজরে খম্বদো।
থাদোই খম্বা অনিনা হৱাওবদি মান্নবে।
পুক্লিংমকা লাম্বনা হাইফেৎ য়েংনৱকপদি,
মোমোন মোমোন নোক্লখি। নোংবান মাচু উবদা,
থমোই মৈবু হৌখরে। "যেংহৈদবে" হায়তুনা
মাই খুমদুনা খাংখরে লৈব ভমদে হৌগংলি।
খম্ন লুনা তৌবিবা থৌদো অচু উবদা
অতৈ মোইবাং লৈপাক্লা পেন্নখয়ে লুংঙাইয়ে।
ফম্ফম সিন্নবা লোইবদা হৈরাং লৈরাং—লাম্নখ্রে॥

৬

পোৎলান্‌বহ্ন লোইবদা হায়রক্লে লৈপাক্না,
পানা লৈরোই মকোক্না "চংও লাইগী লৈ কৎলো!"
মতম অদু য়োবদা—মোইবাং চাওবা নোংথোমবা
হংগৎলক্লে নিংথৌদা—"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
লাইগী লৈ কৎপ যারে। লৈরোই করম্ববুনা
চংহনগবা লৈ কৎপা?" নিংথৌ সনা য়াথংনা
"পানা মকোক খম্ববু, খুম্বক হান্না চংহল্লু।"
হায়রবদা চাওবমা—"পানাগীদি মচুম্‌জৈ,
নিংথৌ পানা পাম্বোম্না—খুম্বা ওইরবনিনা,
নোংবান হান্না কৎহনগে। তুনা প্রজা পেনগনি।"
হংগৎতুনা, নোংবান্না হান্না লৈবাং কৎচরো,
তাকপিবক্লে নোংথোম্বা। মোইবাং নোংবান কোংয়ানবা,
অঙৌ পাম্বা মপাব্রি—লৈরাং কৎপা চংলক্লে॥
শাওনা শাওনা চংলকই, মীহৌবনা থোইবীবু —
সুমদাং থাবম যাইবদা মনম্ন চেকখাই নোংবান্দো॥
থাংজিং লাইশং য়োবদা—"মোইরাং মাইবী লৈতরা,
লৈওক্লনি খংব্রা হাই!" চৈবকপদা তাহৌদ্রে।
লৈপোন অদু পাযতুনা নোংবান লাই-নুং যৌরক্লে।
মাইবী নহা অমনা লাইগী সেবা পুবন্মি,
অতৈ মাইবী মখৈদি পোত্থাতুনা লৈরন্মি।
মরা ঙনৰা নোংবান্না—"ননা তাব্রা?" হায়বদা
মাইবী নহা অতুনা, "হীঃ!—ঐ লৈএ কনানো?"
হায়না চোংথোকচনকই। "লাইগী মথৌ পুবগা
তুম-তুমতুনা লৈরিবা! লৈবং অসি ফক্তুনা,
নয়াংলেন্‌দু থুদেকে।" চৈবকপদা নোংবান্না,
কিরতুনা নোংবানবু, 'অরাইবদি ওইরম্মোই,

হায়রি' খোন্দা অসিনা।" হায়না পাখৎলত্নুনা,
চেন্সিল্লক্লে মাইবীদো মমা গুরু মনাক্তা।
অতৈ মাইবী শিংত্নুম্নু তারক্লেদো হান্নমা।
মাগী খোনদা অহুদা মাইবী শিংনা তুক্কজে।
"অঙোম মচা অসিদি খোন্দা থিদা" ডাংনরে॥
নোংবান মাগী মরাহু তম্মুবদা অতৈদো,
থোরক্কুনা লৈরাংহু ওক্লে নোংবান খুৎতগী।
মাইবী অহন অমনা—খংনা খংনা হংলকই—
"হা ইবুংঙো কনানো?"—ঐশিদনা হাই খংদ্রা?"
নোংবাম চাওনা খুম্মকই—"ইঃ! খংউদ্রে, ইবুংঙো!
অঙোম নিংথৌ-মপারি, কুন্নাই-লৈমা-মঙ্গৌরী,
য়োইবু থোংনাং খোইগুম্বা, থোংনাং-অশি-খোইগুম্বা,
মংগন, খোয়দা-লিকহ্না, খোয়দা-পুহাল-লিকহ্না।
ভমদহুনা ভাহাক্তুং পোত্থাক্লরে ইমাদি,"
স্নুন্না খুম্মি মাইবীনা অহন ওইবী অমনা।
নোংবান মানা পুরকপা লৈরাং অহু মাইবীনা,
তাইরেল-লাইজ থিক্লেম-চাই, লৈরাং অহু কৎলক্লে—
"থাংজিং-কোয়রেন-নিংথৌবা—পাল্লোই-তাম্বা লাইনিংথৌ,
লোক্তাক খুরুম তোংব-দি, পাঙন-তম্পাক কোয়বও
চিংউ-ইন্দ্র সোরারেল অয়াং-ফাংগং য়ুন্নেম্বা!
নকুম কুক্কোরক্লেদো, নথা থাহৌরক্লেদো!
থন্না-লাইর-পান, চমু চঙৌ পানবগী, তোংলেং-
লৈশংপানগী কুম-তরক ইরীবা, বাও তরক্লা,
ইথাইবগী নহাক্কী হরাও শক্-সেম কাবগী
ঙসি কোরৌ অসিদা, চিংউ! লৈরাং কৎচরি।
খোয়ুম লনবু কুবিয়ু বোর-লংজা থাইবিয়ু।"
হায়রয়গা মাইবী—"ঙসি নোংবান অসিনা

কদোমদনো লৈরিবা হরাওগদ'-মাইকৈসি!"
কোয়না খন্না থিরক্লে। খংলে মমৈ অতুদা,
খোয়ুম মাবু তোংসিন্নে। ফাওরক্লেদো মাইবীনা—
"হৈগী লৈগী মমন্দি, চোংলেন্ লিলেন খাদগী,
তক্ষা মণি য়াইরং-চাং, লোল্লেম নপুং-য়ায়তুদা,
লেপ্ন-তাম-ফংহনগেকো।" সিদা অতুম লাই কারে।
লাইগী লাইপাও তাবদা নোংবান মবুক হরাওরে—
খল্লি—"ঐগী তম্বোইরে। অতৈ ময়াম তৌজবা,
লাংজবাইদু ওইরে। থোইবী ঐগী লৈপুন্নি,
খোয়ুন মানা ফাওরেদো।" নোংবান মোমোম নোক্কুনা
ইমা মাইবী থনম্লে, ইমা গুরু য়োরক্লে।
মাইবীতুবু নোংবান্ন—"ইমা গুরু, কন্নিনো?
'তক্ষা মণি য়াইরং-চাং, চোংলেন লিলেন খাদগী'
হায়বা সিবু কনানো?"—"পারি নোংবান খংদেদা—
লাইনা ফাওবা হায়তুনি—ৱাগী অর্থ হায়রগা,
চৎলি পাল্লিবা নিংথৌতুগী মচা নিঙোনবু,
থানৈ হায়নে অতুন্না।" হায়জিনবিরে ৱাফমতু।
নাৱা অপংবশিংতুগী মমা ওইবী শিংতুনা,
মপারিবু নমদা পো, 'হা থাজ থানিংথৌও
নচা মোরানবী পো'গে, পোবী সনম নম্বিগে,
হৈবোং মশা অমতা থাদরকউ' হায়তুনা,
মচাই হৈবোং নিবগুম থাজ মমাই য়েংতুনা,
নোংবান মাবু থেম্বিরে মোইরাং মাইবী অতুনা॥
নোংবান অথা কোংয়ান হরাও-লুতোন কাখরে।
লৈগীপোলাং পুতুনা, লমদম ঙানবা নাওইদোং
থাংজিং লাইশং মুংদগী লৈরাং লৈমন পিন্নরে,
কেগে লৈপাক তিনবদা, মপূ সনা মাংতুদা

নোংবান তম্না থোরক্লে গৌরে সনা মাংছদা।
থাংজিং লৈমন অছুবু সনা খুৎতা থুংবদা—
"তয়ুম নোংবান কোংয়ানবা! সিদি কোলোই করিনো?
নংনা লাংবা লৈরাংদি ফজখরে" হংবিয়ে।
"ঐবু লোয়বা লৈমাবা,—'লৈরাং লোইবী অঙল-লৈ,
শিঙেন-চিংয়া-পামথরৈ, নারা-সছু-তেকচাক-লৈ,
কোংয়াং লৈ'-নি, ইনিংথৌ। নোংবান ইমিং মান্নবা।"
হায়না নোংবান লৈরাংগী কোলোই অছু হংগৎলে।
"লৈরাং সিগী মনাদি, নিংথৌ ইচিন ইনাওনা,
হাকুম কুমজা অছুদা পিনখরে কোংয়ানবা।
পান্ন-অসি চাজোকো।" পান্ন-তম্না লানবিরে॥
মহারাণী থুংউরে, চিংখুবস্থ য়েৌথরে।
লৈরাং লৈগী মনাদো পান্ন-চছুম লাল্লকই।
থাদোই মজা ইবেম্মা নোংবান "লৈরাং থুংউগে"
চংশিন্নক্লে নোংবান্না। থাদোই মপু মনাইনা—
"তয়ুম সেনু করম্নো নোংবান লাক্লে অচানবী!
নুংশিদবা খুৎতগী লৈরাং করম লৌসিগে,
লৌনিংদেদা ঐহাকতে!" থাদোই রাতানখরে।
"করি রানো ইবেম্মা! অপাম্ববু পামদ-শা,
পামদববু অপাম-শা, তিত্তিঙগুম্না মীপুক-ছু
খরাগুম্না মীপুক-ওন তৌগদ'মি ইবেম্মা!"
হংগৎখরে সেনুনা। "ছুদি ফরে ঙসিদি,
নোংবান মাগী লৈরাংসে য়াবমথৈ লৌথোকসি।"
হায়না থাদোই খনছুনা মপু মনাই অনিনা,
য়েংলক্লেদো নোংবানবু। মজাইবেম্মা থোইবীনা
নূরা সনা পুক্লিংদা—"শাবি'বুংঙো নমাংদা,
মোইরাং নোংবান খুৎতগী লৈরাং লোগে শাওবিম্থ।"

খুবমখরে পুন্নিংদা নোংয়াই খম্বা মহাকপু।
নোংবান চংশিল্লক্লুনা—“লৈরাং থুংগে লাকচরি—”
নফাই চাওহায় ওইনদি থোইবী কাদা হায়রুরে।
পুন্নিং লিন্না ভাজবী চেংলৌ শরু-হেল্লবী
চিম্বান মথক মখানা ইম্নুং তয়ান ঙমজবি;
মাগী পরেং অহূনা কফোইগুম্না লূনা উ,
চিম্বান থোই-থোইনবনা পাখং থরাই তংনবি
থাদোই চিম্বান অনিদো লেংগুম লেংদবগুম্না,
খাইবু তাহননিংদবা তাহন্নিংবা 'মতবু
তাহোসম্নু মতাদি লোন্দ লোনবা শারকই
ইম্নুং নোংয়াই চবুক্কী বাঁশী খোঙ্জেন্নদোমা,
থাদোই খোম্থাং অহূবু থাদোবক্লে নোংবান্দা—
“ঙসি-লৈরাং অসিবু লৈপাক যেনবিরুবদা
কৌগদবা লৈরদি থুংব্রবম্নু ঐখোই'দি
য়েনবিরুখো ময়ামগী।” নোংবান নাকোং অহূদা
অমুতবু ওইখরে। “হোরেন লৈরাং থুংব্রগা
নোংবান ঐবু চোপকনি চোপহন-নিংদ বাহৈনি।”
খম্নুবদা কোংয়ানবা মাগী ওইনা উখরে।
“কবি বানো ইবেম্মা! লৈরাং য়াম্না য়াম্মিনা—
করি লৈপাক থুংদনি।” হায়রনা খুম্মি নোংবান্না।
“থুংগদবা লৈব'দি খরা য়াম্না পিরম্মু,
মোলাং 'মতা তুজগে নিংঙোন ওইবী থাংজগে।”
থাদোই মরা তাবদা খুবাম খুবাম হাপখরে।
লৈরাং নাচোম অহুম্না তোংঙান তোপ্প তাংগদা
অহুমম্নু পিরম্লে পেঙখরে নোংবান্দো
থাদোই মাগী ভাবতনা দোলান অমা হৌখরে।
হুগী মথং লৈপাক্তা নোংবান লৈরাং রোম্লক্লে।

শিঙেন য়েনবা থুংখবে॥ সোমদা থাদোই থরাইদা,
"পামদবনা পিরম্বা লৈরাং অসি পামজদে।
মনম মহাং লাক্কনি হুন্দোকখরো" হায়রুনা;
নিংঙোন মানা ফম্নিবা ফমফম হুগী তুংহুদা,
লৈবাং মখৈ হুন্দোক্লে। থাংজিং লাইনা উখরে॥
চিংউ মানা শাওখবে,—"থোইবী নংদি বরিনো?
নোংবান মুংশিদরগা, থাংজিং ঐগী লৈমনবু
কবি শাওবিকবগে! লৈবাংহুনা কৈদৌই!
মশা কৈদৌনগনি নবা খম্বা নবুক চেন,
কৈদৌননি অতেম্বা, মরু হায়বু অহুনি।
'তাইবং মপোক অসিদা ফীদম ওইনসন্নুনা,—'
হায়না থাব লৈরাংনি সতী কোলোই কংবিনি।
অপংবম্মু নংত্তবা খংইবনি নহাক্তি॥
সতী নংগী এপোক্কী লিলানিদো অসিনা,
নংবু ঐনা ককপদি ওমদরেকো লৈপুন্দো।
অতৈ মন্নাম অহুদি হাযকরোই তোক্লগে—
লৈরাং নাচোম অহুমদো, নাচোম মশিং অমগা,
লোইদাম থাবুম অমগা, যৈনা থাবুম অহুম্বু,
পান্মু শেংন ওইযুকো মুংশি কাদৈ কাযনৌকো!"
অসি হায়না থাংজিংনা থোইবী শাপ্পু তৌখবে॥

# লৈ-রোন

খম্বা নিংথৌ প্রজাবু থুরম্নক্লে ময়ামদো।
লমজা মচেম মনাক্তা চংগ্রে মমৈ অহুদা।
খম্বু লৈরাং ওইরবী শিংঙেল ওসি শাৎপিনি।
মহু নিংথৌ অহুগা অনি অহু উবদি,

লৈরাং মচা অমনা পাম্বী থক্তা শাৎপদা
তাবুকশিংনা য়েংবদা লৈরাং লৈরিক অমদা—
বেদ পুরান কোটীবু ময়েক লুম্না উবগুম,
লৈরাং মাগী মনম্না রাগ-কোটী লখাবু,
ছন্দ মথন পাম্নুনা শকপদগী হেন্নবু,
মুংশিন্নরে উনরে মোইরাং মীয়াম অতুনা।
মচিন মৌপ্না উবদা মিংতা পিবু তানরে॥
লমজা মচেম খম্নুনা—"ইন্থ-নিংথৌ কাওনুকো—
অমেংবদি রাহৈনা ইমা মাইবী হনবিবু,
খুমন হংজো অতুগা শিঙেন তুবু কৎহন্নু।"
রারম পুম্বা মেল্লক্লে। নোংয়াই মচেম খুরুম্মে
লৈরাং কৎপা চংলক্লে। লাইশং অতু য়োৎবদা—
"পলেম মানবী ইমাখোই! নচা লৈরাং পুরকই,
লৈরাং খরা ওকপিয়ু।" হায়জরুরে খম্বনা।
মোইরাং মাইবী শিংতুনা—"ফজৈদকো অঙাংসে,
শন্না-চুনা হেনবনে, রাহৈ লমচৎ অসিগা।"
থাগৎনরে ময়াম্না। নোংবান খোম্দ থিরম্বা
খুমন মহাক্রীদুনা খম্বা মতোন ওইখরে।
থিরবদি নোংবানগা ফজবনা খুমনগা
অনি থংনরুবদা ফজবগী মথক্তা
ফজবতু হেঙ্গৎলে॥ খুমন মানা—"ইমাশা!
মচা ঐবু খংজত্রে রাফম 'মতা হংজগে
মোইরাং মাইবী হঞ্জবী, কুমাবমদি শিঙোন্দো!
মরুপ মচা অমনা ইমা চোরোন্ চুপ্চগে।
হংগৎচরি হায়দুনা হংগৎপিয়ু অমুক্তা।"
মাইবী অতে অতুদা হায়জরুরে হংজরে।
হায়রি' মাইবী অসিদি লাইথেংনবী মাইবীনি।

থাংজিং মাগী মথং ওই, য়োংকী খুরুম তোংহুনা,
পংনা লেংথোকপিদবা লাইগুম্না লৈবিনি।
নোংম্নাই মপাও পুহুনা হংগৎলরে অমমা।
মাইবী-হন্থুবী লাইওইবী য়োংকী খুরুম তোংহুনা
য়োংকী চৈস্থ পায়হুনা লেংথোরক্লে মপান্দা॥
মাইবী মমা অম্বু ইমা হায়না খুরুম্লে।
"ইপা নংবু কনানো?" হংবিরক্লে মাইবীনা॥
পলেম পম্বৌ অনিগী কোলোই পল্লমদায়হুদা
খম্বা মপি তারকই। মাইবী হনবি মমাদো
খুমন মাবু উবদা নিংজিং মাংজিংনরকই।
নিংশিংলগা মরুপতো হায়দোকপদি থোকখিদে।
খুমন মাবু সংত্রিক য়েং—"হায় হায় ইমাদা
পলেম পম্বৌ কোলোইদো" তক্ল-হংবি মমানা॥
"পলেম ইমা ইবেম্মা! ঐবু পোকপা ইপাদি,
নোংয়াই চাকখা ঙম্বদি খুমন পুরেন অহোংবা,
পুরেন্‌বনা পোকপনি। ঐবু পোকপী পলেম্ব
ইমা কাওবিরবরা? ঐদি নম্বা ওইবনা
খংজববু নত্তেদা। ইচেম অমা লৈজেদো,
কোলোই খম্ব কৌজেনে। ইচেমহুনা ইমাগী,
ইমা নংগী কোলোইবু তাকপিরকই ঐঙোন্দা
ঐবু পোকপী ইমাদি—ঙাম্বৈম-য়ুরেন্‌-না
তোম্পোকপী কোইদিং লম্মীং চুম্বী কৌই, ইমাবু॥"
হায়জরক্লে খম্বনা। মাইবী হনবী কপখরে।
"পারি 'বুংঙো ইমাবু! খুমন বারৌগল্লুকো।
মোংমৈ মুমিৎ অমতা খিরুদরে ইচাবু।"
খুমন হায়না কোল্লুনা নোংয়াই খেলে চুপখরে।
মরোন পুম্বা মুনদি ভমখ্রে খম্বা মাইবীদা

"পারি 'বুংভো ইমানা ইচাই লৈবু কৎকদি।"
হায়না মাইবী হনবী খম্বে লৈমাং লোখৎলে।
লৈচা মাপন ফাংলবা লৈমাং অমা থাংজিংদা
নিপান কাংবা অমনা কোইরেন্ লৈম কোইবেন-থক্,
লৈরাং অহু থেৎপদা। লাইগী সন্দংখাদগী
থমোই নিরু ঙংলক্লে। নোংলৈ অমা হৌবক্লে।
লাইমাংদগী লৈবাং, লাইগী থম্মিবহুবু
মাইবী মানা থেংত্রিঙৈ নুংশিৎতুনা পুখৎখ্রে।
অতৈ লাইযাম খুদিংদা ঙম্ম লোইনা থেৎনবে।
থাংজিং লাইকোন্ শুংদুদা নোংথাং ভান্না কুপ্‌খরে।
মোইবাং লৈপাক ঙাংনখি—"লাইথং-নবী লেংথোকই।
খম্বা লৈরাং কৎপদা থাংজিং নোংথাং কুপ্‌ইদো।
লাইবক ফৈদা খম্বদে চিংউ মামা যাবিবে।"
লৈপাক পুম্নিন নিম্নবে। থাগৎনরে খম্ববু॥
"খুমন ইবুংঙো তোম্পোক ইমা লাইতাইনবিগে।
মোংযাই চিংউ খুকমজো " হাইনা মাইবী হনবীনা
সবিক চোম্নাং পাযখবে। মমা গুরুই থোগন্-তৌ,
মচা সেবক মথৈম্মু সবিক তম্না পাযবক্লে।
সবিক খোঙ্গেন অহুনা চিংউ নাওথেম ওইবক্লে।
কেগে মোইবাং লৈপাক্তা হাইন-তম্না পাল্লবি;
থাদোই মজা ইবেম্মা মমা শিংদা হংলক্লে—
"পাখং লৈবাং কৎলিঙৈ নিংঙোন হৈবাং কৎপবু,
পলেমশিংবু যাবোইদ্রা?" মমাঙোন্না—"ইবেম্মা—
সনা মনি থাম্বনি করি য়াদগদগে"
হায়বিহুনা থোইবীনা মনাই সেন্নু লোইননা
হৈম্নাং কৎকে হাযহুনা—বাহোং জগোই শাথগুম
ভেনবা লৈপাক চৎপগুম লৈপাকমাংদ শামহুনা;

মিৎকী কুমৈ ওইদবু লেংসিন্ খবে ইবেম্মা।
মাইবীশিংনা ওকখবে হৈরাং অহু কৎলক্লে॥
"ইমা মাইবী কবিনো! থোইবাং ইবুং অসিবো?
মহোয়' লাইদা লম্লানবা হায়বহুবু অসিবা?
তাইরেন্ মশা অমতা পিবিয়ুবা ঐঙোন্দা,
ফুজরমগে অমুক্তা নংগন অচৌবসিদা।"
থাদোই মানা হায়রক্লে। থোইবাং মাইবী অহনা
"লম্লাঙ্গদে ননাইদো, চিংউ খুবমজবনি।"
মশাবিবু, সনাহন্—"ইমা মাইবী লাই-চৈরে।
অমুকতোইনা লোইখরে—"থোইবাং থাংজিং অভাওবা'
অম্নুক কুইনা হিপহনবা', ইমা 'খোইবুমু চৈরে।
লোইরে লোইরে।" হায়দুনা থোইবী অমুক হায়বক্লে।
খম্বা যাম্না শাওনিংঙে—"কৈনো ইবেম্মসিবো!
মপূ মচানি হায়না হায়নিংবদা মহায়রে।"
খল্লদুনা নোংয়াইনা লুবেল অহু হায়গৎলে।
খুমন মাগী মবুক্তা—"লমজা ইচেম অসিবু—
ঐগীদমক ব্রায়ক্লে। চিংউ নংমা কুবিয়ু,
ইবাই কৈরোইজাম্বদা চামা খুজিং ওইদুনা,
নিঙোল মাবু লুহোংবা ইচেম লমন অসিবু
শিংজগেকো পিবিয়ু।" নিংনা নিংনা খুরমজৈ॥
মবুক্তগী ব্রাখনদো পুক্লিং চংমনখিবনা—
থোকখ্রমাল্লে মচিন্দা। থাদোই মাহু তাখরে।
হুনি চৈরে হায়বদো। খম্বা য়েংখৎলকপদা—
"শাবী 'বুংঙো তাবিয়ু—চিংউ মাগী চবন্দা;
বোব লংজিন ভিন্নসি, কবি নিবিরম্বগে?
ননাও লাকএ হৌজিক্তি খুবম্নিন্নরসিনে।"
থাদোই ঈঙ্গিত তৌরক্লে। থোইবাং মাইবীশিংদুনা,

"হৈবাং কংপা নিংভোলগা লৈরাং কংপা পাখংগা,
কংপ—কংপ—মান্নরে, খুরম্বম্নু মান্নরো।"
থোইবী সনা চরন্দা তাঙ্গা চানা হুংগৎলে।
"হাইমা! চুম্ব, অহুনা?" হায়না থোইবী খম্বনা,
চিংউ মাগী চোয়োন্দা খাবাংননা খুরম্মে॥
খুরম্মিঙৈ অতুদা সেনু হায়ঙম্দবিনা—
"মিং চোইমুকে। তৌহৈদে, অংরেম্বদা মাংজনি।"
হায়রকপদা সেনুনা। হায়দ-হায়গুম থোইবীদো।
সেনু চৈবা শাত্নুনা মশাবীবু য়েংজরে।
চৈকুবনা সেনুবু ওন্সিনবনা খম্বদা।
"লাইখুরম্ইঙৈদবু ফাগি তৌরিবসিবো।"
থাদোই' সেনু চৈরকই। সেনুনা—"হোয় হোয় চুমই।"
লংনবিবে অমুক্কা নোকচৈ সতী ওইবীদো।
খোয়ুম লাইপাও ফাওরক্লে—"হৈরাং বৎপা নিংভোনগা
লৈরাং কৎপা পাখংগা তাইবং লৈপুন ওইববু,
শেম্বিগেদো ঐহাক্না।" হায়রকপহু তাবদা—
"হায়মা! সেনু তাওন-হাই।" ফাক-ফাক লাওনা নোকথোকই,
চিংউ লাইগী লাইবাংদা॥ চিংউ মানা পেনবিদো,
মনাই অনি উবদা, মানা শেম্বা ওইবনা॥
পোবোম্ চাদি খুদোন-নৌ চরাং য়ান্‌বী চাক-থাইসেন,
মপী চাকহোন্ চেক্‌স্বী থম্বান্ মান্‌বী থাদোইদো,
লাইশংদগী খোরক্লে মোমোম মোনোন নোক্কুনা॥
মোইরাং লৈপাক মাংহুদা তাংনা শাংপী লৈমাংদো,
মপন্ নিংথৌ লৈবগী, লৈপাক তিন্‌বা অতুগী,
লমচৎতম্নু খংলবী চাওনা নাওদে শারবী,
তাসিন্দানা তাসিন্‌বা খোয়ুজিন্দানা খোম্‌জিনবা;
কিদ-অকি শাত্নুনা ফম্ফম্নাংদা চংখরে।

হৈয়াং কৎপ লোইরগা হৈরাং শিংদু পুদুনা ॥
লৈপাক নিংথৌ য়েঙ্গগে খুমন মাবু থোরক্লে।
ফৈরোইজাম্বা মবাইনে, চাওবা-থোংলেন অনিনে,
খুমন মাবু ঙাইবম্মি। মপা থোংলেন য়েৎলোমদা
চাওবা মকু ওইবোমদা, খোইমু শাগল তুফাংওই।
ফৈবোইজাম্বা তুংদুদা খোইবা মমৈ ওইবক্লে।
খুমন য়াই-দা চৎপনা নোংয়াই খোইমু মশা-ওই।
মপু মোইবাং নিংথৌ শিংঙেল থম্বাল ওইবক্লে।
থাংজিং লাইসুম্বাংদুনা পুম্রি চাওগোই ওইখরে।
মপু চোবোন তমদুনা লৈরাং থুংগে চংলক্লে ॥
মপু মোইরাং নিংথৌদি মমাংঙৈদা মপানা,
পুরেম্বনা পিখিবা লৈবাং মপি অদুবু
খম্ব-মাবু মানবরা য়েংনিংবনা নিংথৌদি
ঙাইরি খুমন মহাকপু—লাইজ ইথৌরাংবগুম ॥
খম্বা মানা ঙাংত্রিঙৈ হংগৎকে হেক তৌবদা
চাওবা মানা থৎতুনা—"নবু-থৌগী লৈমন্‌বু
পুজরক্লে লাইনিংথৌ।" হংগৎলুয়ে হান্ননা ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা শাওবতুন' হংলকই—
"লৈরোই মকোক কমানো?" চাওবা ইপং পংউরে—
"করি য়ানো ইবুংঙো! ঙবাং হাপ্প-কমদুবু
ঙসি তম্না হংবিবা!" হায়রুবশাই চাওবদি ॥
"চাওবা হায়বা অঙাওবা! ঐনা অদু কাওগদ্রা!
ঙারুংবনা ঙাগী মিং, শল্লুংবনা শন-শক্তা
খংগদবনি অপংবা।" অসি হায়না চাওবগা
মপু মোইবাং নিংথৌগা খৎনরক্লে অনিদো ॥
মিংঙাইদবা থোংলেম্না—"চুই-চুই" হায়না থৌজিল্লি।
চাওবা'ঈজিংৎ উবদা মমৈদদি ইকাইয়ে।

চাওবা মতিং থুদেক্কে—হায়না থোংলেন মতাওনা—
"করি নথৌ লৈহুনা ? খুমন ইচা অসিবু,
এরুম চিন্নাইদবরা ? চাওবা করি নশিল্ লৈ।
ঙাখা চাক্নু মখংদা, উরোক চানি মথিদা
য়াওজনিংব্রে নহাক্তো।" থোংলেন মরা তাবদা
"ঙিংঙি কৌবা উচেক্না মচা হাকন্নবদা
লোঙ-শা চায় হায়বত্নুনি। য়াম্বী গুন্না ইচাবু
য়েংনবদা চোপখবে। ইকাইখরে ইতাওবু।"
হায়রত্নুনা চাওবদো, চোংথোক্লুনা ফমখরে।
"কদায়দগী কন্বনো—হোরেন খুমন ইচানা
মনা মথিন ফংলগা খাইদোক্হোগদবগী
লাংইবনি নহাক্না।" থোংলেন ঙাংই, লংমবি।
"তানিংদে হাই—মাসিগা" খুম্মি চাওবা মতাওদা।
"চাওবা ইকাইববোইনা—নমাই ঙাংই হুমাং তায়,
কবি ইকাইরুদগে, তৈথোকপিগে হুমাংদো।"
হায়না, থোংলেন—চাওবগী হুমাং তন্না তৈথোকপি॥
মনাই অনি মতৌদু, মোইরাং মিংথৌ য়েংবদা,
পেল্লি সনা পুক্লিংদা। মোমোন নোকই মপুনা॥
খুমন মানা লৈরাংদু—কংলি অমা লৌহুনা॥
"খুমন খোংয়াই শাজৌবা! লৈবাং লৈনা তাবনা
তাওবা হুইরৈ মানবা-লৈ। মখোক তাব অসিনা,
পাখং খুবোম্ য়াইসি্ মান্, লৈরাং লৈঙং তাবনা
নারা নাকোং চক্রমান্, লৈবাং মাগী মচুনা,
য়াংবা সনা 'চু-গুম্বা, লৈরাংসিগী কোল্লোইবু
খুমন করি কৌবগে ?" হংবিরক্লে মপুনা॥
খুমন লকক্ তৌহুনা অঙাং বুদ্ধি তৌরকই॥
চাওবা মুংশা থিখরে, খংব্রে কাওবে খম্নুনা।

"থোংলেন হায়বা পুকচাওবা! সিবু ঐনা উহনা,
ইচাই নাক্তা লৈবরু, খুমন ৱাপাংউবরু,
ঙাংবদায়দো কৈদৌবে! লৈৱোন কাওরে ইচাদি।"
চৈরে চাওবা' থোংলেনবু। থোংলেন-লৈশিল্লক্তনা—
"খুমন ইবুংঙো! খম্বা! ঙবাং চিংদৈ হেকপন্নি,
উদা শাংলম্ ই হায়য়ু। লৈবু 'থোইনা পোকপৱা।
সনা মচু মান্‌বনি, উবৈ কৌই হায়দোকউ।"
ইন্সিল্লুবে থোংলেন্না, খুমন মচা অতুদা॥
লৈরাং অত্তু যেংহনা—"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
লৈৱাং সিগী মমিংদি ননাই ঐদি খংজদে!
নোংযাই ইচেন লাইববী, লমজা তাকপিবকপদা—
মিংস্না মোংযাং চাওবনা, মেন্স্ নহা মনাওবু
সুবম লোইপোৎ থৌরুদি থাখিবদা, ইনিংথৌ!
হাওনা হাংক্লে মনাওবু, মনাও মকোক অত্তুনা,
হাওগী পস্থোং অত্তুদা লৈবাং ওইনা শাংলম্লে।
মোংযাং চাওবা পুংক্লে। কংলা উক্রোং অত্তুদা,
মেন্ন-তাইনা থারক্লে। পোইবৈ মানা লৈৱাং-সে,
মেন তোংবদা যাওখরে-বোলোই "মেলৈ" কৌনরে॥
হৈবেম খুঞ্জান লমদম্না—পামেল অৱাংবর্সিন্নু,
হায়নৈ কৌনৈ অতাম্না। প্রামেল উকা থক্তুদা,
তাম্না শাংখি হায়বগী কৌনৈ মমিং "কদাম্বা॥"
হৈবেম্ নুপী অমগী মবুং ওইবা অমনা,
হেকপি লৈবাং অসিবু। তারকপদা লৈসিনা
চুম্-জুম্ লাওনা তারকই। নুৱা নুংবু হুরেদো।
নুংবু হুনা, চুম্না তাই—"নুং জুম্বান-"বু কৌবিবে॥
ইবম্ নোইৱাং লমদম্না যাম্না নুংশি হায়হুনা
লৈৱাং সিবু যেংবদা "লৈন্নুংশি"-বু কৌবি হায়॥

মৈলৈ মেন্সনহানে, কদাম্বা-মুংজুম্বান-নে
লৈম্নুংশি—হায়বা কোলোই, ময়াম লৌসিল্লক্কনা
"মৈলৈ-লৈস্না-মুংজুম্বান-কদাম্বা-লৈম্নুংশি"-বু
কৌই হায়না ইচেম্না তাকপিরকই, ঈনিংথৌ—।
'ননাই ইচেম মাবুম্মু ইপা' তাকপিবম্মি হায় ॥
লৈরাং মশাসিদগী শিঙেন লৈরোন অমনা—
হৈরেম লোমগী কদাম্বা, খুঙ্গাম-লোমগী নোংজুম্বান,
'থৌবা নিপা অনিনা ময়ম মুন্নরকপদা,
চায়নাখোংব্রেন হানবে। অনি অদু নোংগাখ্রে।
মথোয়'নিগী তা-দুনা উকা থক্তা যুংলম্মে।
লৈরাং ওইনা হৌহৌরে। লৈবাং অদু ফুক্কনা
পোইরৈ নিংথৌ মহাক্না মেন্ন-তাইনা থাখবে।
লৈরাং কুচু অদুনা সনা মচু মানবনে,
লৈরাং মাবু য়েংবদা মুংশিখিবা অদুনে,
মেন্না তাইনা থাবগী মৈল্লে হায়বা অদুগা,
সনা মচু মানবগী লৈসনা, অসিমগা
কদাম্বাগা মুংজুম্বান অনিদুগী কোলোইনে,
পোইরৈ তাবু খিবদা হাইদোন তানা য়েংবদা
লৈরাংসিগী মমিংবু-'মৈলৈ-লৈস্না-মুংজুম্বান
কদাম্বা-লৈম্নুংশি'-বু, কৌনৈ হায়বি ইনিংথৌ॥
হংগৎচরে খম্বনা। অমা অমুক কৎলক্লে ॥
"খুমন ইবুংঙো সিনা লৈবাং কোলোই করিনো?
লৈরাং মনা তাবনা তিমেন চাজুম মান্নবালৈ
মউ তাবু-য়েংবনা পাখং শহ্লোই শাজৈ মান্
লৈরাং সিগী মচুনা খাম্বী মৈত্রেং মানবা লৈ॥"
হংবিখরে নিংথৌনা॥খুমন অমুক হংগৎলে।:—
"ঐবু লোয়বা লৈমাবা—খাই মুংজেংবম পিবা-না

কোয়ৌ মাবু ঙেংগা-থোং কাপখি হায়দো ইনিংথৌ।
তেল্ অহুনা নুমিৎকী খোংলক্ খুনেৎ পান্নবা
খন্নবদা ঈ থোকখ্রে। ঈ অহুনা মাংফদা,
তারকর্পদা, মপামেন সয়ি উকা-রক্তদা
তাখ্রে। লৈরাং ওইখরে। সয়ি উকা-রক্তদা
ঈনা ওন্না শাৎপগী লৈবাংসিগী মমিংবু
ৱাংজিং লোক্লৌথুম্, চন্বা সলুংথেন কাংগোন্ নোংদম্
ঈদা পান্বা ইন্নুং পামেন্ সয়িরৈন্নি।"
"নিংখিজেদা শাজো তোন"—থাগৎপিরে নিংথৌনা।
খুমন লৈবাং অমবু অমুক তন্না কৎলকই :—
"খুমন ইবুংঙো তোম্পোক নিংঙোন্ হিগোক্ কুম্বালে।
কুম্জেং কোরি কাব-লৈ। শিঙেন সিগী মমিংদি
নোংযাই কবি কৌবগে হায়ুগবা তাসিদো॥"—
"মোইরাং লৈকোই মপুও! মোংব-চেক্লা উসোব্তা
চেক্লা ময়াম ৱাথোকই। 'পিৰা' খিনখিবদা
ৱাথোক অসি ওইনখি। মকোক ফম্বা মুন্নখি॥
কাক্লা নিংঙাই হৌবগী, চেক্লা শিংগী ৱায়েন্দি,
খোযুম লাইনা তৌবদা কাক্লা লাল্লি হায়নরে।
ৱাকোংনবা লৈতবে। মতু অমা ফোয়হুনা
ৱাথোকসিগী ৱাকোংই। লাইগী বোব লল্লুবি॥
চেক্লা মাগী মতুনা উকা থক্তা থাবিরে।
লৈরাং ওইনা হৌখবে। কাকী মতু অহুনা
ওনবা লৈরাং ওইবগী শিঙেন সিগী মমিংবু
লৈরাং কাক্লে হায়নদি থোনখি হায়বি ইনিংথৌ॥"—
"নিংথিজৈদা ইবুংঙো! নোংয়াই নংগী লৈরাংসে॥"
থাগৎপিবে নিংথৌনা সনা পুক্লিং পেন্বিরে॥
খুমন লৈরাং অমবু অমুক তন্না লৌহুনা

কৎলে সনা চোয়োন্দা। হংবিরক্লে মপুনা—
"লৈরাং মখোক তাবদা ত্তোংজৈ থবুম মানবা লৈ।
মনা তাবু য়েংবদা খুমু নৌদোন মানবা লৈ।
লৈরাং মঙং তাবদা নাব্রা খদাং মাল্লিবা॥
শিংঙেন মানা শাৎপদা লুপা পথাপ মানবা লৈ।
লৈযোন্ তাবা লৈচুনা উহি কুম্বান মানব-লৈ।
নোংযাই লৈরাং অসিনা শাজৌ! কল্পি কৌবগে?"—
"ঐবু লোযবা ইনিংথৌ! ঙাযা নিংথৌ মুংজোংবা,
চোথে মাগী মমোয়্লোই চোথে নিংঙোন নবেন্না,
মচাত্তুবু মপুনা উনা নন্না হাৎপদা,
মচাত্তুগী ব্রাবনা কপ্লক্লেদো অহিংদা॥
মশানৌ মনেম মচা, নবেন মীকপ্ খোন্দুবু
তাবহুনা, পাখংবা নবুধৌনা মচাদো,
হিঙ্গৎহনখি নবেন্দা থাবিবকই অঙাংদো।
অঙাংহুনা তম্ময়ে। অতুই ইনুং ঙানবদা,
মমা মচা চৎতুনা পাখংবদি উম্নখি॥
নবেন চোথে চন্থুনা মশাবীদি পাখংবা,
মাগী খুদোন যেন্ হুনা এক্রম তম্না থুবম্লে।
হুগী এক্রম অতুবু থম্মুই উকা থক্তদা।
চিংউ মাগী থৌজান্না লৈরাং ওইনা শাৎলকই।
নবেন চোথে নিঙোন্নে মথংলেন্না পাখংবা
মপাম্বিগা অহুম্না হেক্লে চিল্লে লৈরাংদো।
এনগী মকম অহুনা ওনবা লৈনি হায়বগী
শিঙেনসিগী মনিংবু কৌই লৈবাং এক্রম লৈ॥
হায়না তাকপি ইচেম্না! কেগে লৈকোই মপুয়েল॥"
হংগৎপদা, থাগৎলে। লৈরাং 'নমুক কৎলক্লে॥
হংবিখবে নিংথৌনা "—খুমন মচা ইবুংঙো—

য়ারৌ-সঙঙাই-চিমানবা সিনা লৈরাং কব্রিনো?"
"ঐবু লোয়বা মপুও! চিংউ-ইন্দ্র-সোরারেন্‌-
নোংমৈ কোরৌ অমদা মালেম লৈখোং কোয়রকই।
হাওরোক-কোম্হৌজম চম্মুবু নুবা ওইবী অমা,
এলাং কেঙোই লাংতুনা লৈরিবৈদা লবুক্তা,
থেংনরুবে অতুঙৈ চিংউ মানা মুপীদো॥
চিংউ মপাও মেল্লুরে—তালোই ওইয়ু পাউথেম্মি।
ইন্দফদা ইনখরে। নুরা বোব নিজরে—
'ইপাম কোম্হৌজম সিবু শিদ-নাদ-পিবিয়ু।'
চিংউ মানা কুবিরে। নোংগারমদায় অতুদা
পলেম পম্হৌ কোম্হৌজম কৌরতুনা তাক্লম্মে॥
মতম কুইনা লৈখবে, চিংউ থোগল তৌতুনা॥
নোংমা, মপাম কোম্হৌজম, লময়ায় কাইবু থিল্লক্লে,
থাবন মৈখু খুরক্লে, উরে কোরৌ থকতুদা॥
হাওবোক চম্নু তালোইনা—'কবিদোরে লাইনিংথৌ!
শিরোই নাবোই হায়বদি কব্রি মীনম্বিবগে?'
সোবারেন্না—"কৈদৈনো, নপাম কনা শিদেদো।
যালৈ তাউবা অমবু মৈ-থাবনি ইবেম্মা॥"
থাজদবে মুজাদো। য়েংউগনি হায়তুনা
কুমথরক্লে য়েংঙবে। কনা শিরম নারমদে।
'ওক্তে ইপাম্‌ নখোইদি' হায়রবদা মচানা।
পলেন পম্হৌ ওইবিবা মবুং মৌপ্না পুম্বনা—
'ইমোম নংগী নপান্দে মুংঙাইবেদো ঐখোইদি,
ইচায় মশক উদবা মতম কুইরবসিদা,
নংবু লাক্লনবগী ইমাখোইনা তৌবনি।
চামিন থকমিন্নখিসি ঙাহাক পুংগোই পন্‌খোনে।'
হাওরোক কোম্হৌ চম্নুনা—'ঐদি মাহু য়াদরে,

তাইবং চিঙ্গাক চারগা খোইয়ুম লক্তা তিনফদে।
সোরারেন্না উগনি হায়রবদা, মমানা—
'ইমোম 'বেম্মা! ইম্বাখোই, কিজং-লারোন খন্‌গেদো।'
হায়মল্লবা অত্নুদা মপা মমায় প্রেমহুনা
চাগে চংউবদদি উরে চিংউ শোরারেল।
মতিন শিৎথবকপনা তাবে মুজা খুদাংদা।
লাইনা উরে হায়হুনা তালোই হল্লকপ্‌দদি—
চংহন্দরে সোরারেন; তালোই মাবু ইহোক্লে।
মপাম য়ুমদা থারক্লে। পারি মমোম অনিবু
মুজা মানা কায়নখি; চংনিংখোম্বী মচেম্নে,
খোরিফাবা মোপ্‌ানে। খোরিফাবা কপথরে
মমা কায়নরকপদা। খোয়ুম ময়াম চংহুনা
খোরিফাবা থেন্নখি। য়াখিদয়ে ভমদবে।
অমা চংই মথেমই অরেম্বদা থেমখরে।
চিংউ মহাদেবনা বেভুত্‌ পেরাং তৈত্হুনা
লিম্না খাওম্নরকপা; জটা মনা অমথক্
থংলহুনা পিরুরে। জটা অত্নু ফংবদা
মূর্ত্তি অত্নু উবদা খোরিফাবা অঙাংদো
খেক্ল-খেক্ল নোকখরে। জটা অত্নু মাংদরে
পামেল মকা অত্নুদা লৈরাং ওইনা হৌবনি।
নাত্না খোবি ফাবনা খেক্ল নোকই হায়বগী
খোরিফাবা নাওথেম্‌লৈ—লৈরাং 'লৈশং খেকরাইবা'
মুম্না তাকপি ইচেম্না, মোইবাং লৈকোই মপুরেল!"
হংগৎখরে খম্বনা। পেনবিখরে খম্ববু॥
কংলে লৈরাং অমা 'মুক—"খুমন 'বুংঙো চগেম-ফোন
মনা সংনা কুপইদো কাতি নায়াং চাবগুম,
মপান্‌ য়েংই মশংই সিনা করি লৈনোন্নে?"

হংবিরক্লে নিংথৌনা। খুমন মানা—"ইনিংথৌ!
শ্রীনোংগা পাম্বি কৌবী, নুবা ওইবী মহাক্না,
মপল লৌশিং অত্থুদা নুরা মদোম লৌভাকই॥
লাইরেন তুবি নিংথৌবা পাখংবা মবুধৌনা,
নুরা মাগী কাহ্নদা অপাম্ মুংশি খোংদারে॥
নবুধৌগী হাক্তক্কী, থমোই লকা ফীরাক-খায়,
য়াইবী থরায় থাখি হায়। নুরা মাগী শম্লাংনা,
মাংফদবা ওইহ্নুনা পামেন থক্তা হৌখি হায়।
শিঙেল সিগী মমিংবু 'লৈশং লেন্'-দি কৌই হায়।
তাকপি হুম্না ইচেম্না।" হংগৎচরে সিমন্থু॥
কংলি লৈরাং অম 'মুক॥ 'লৈরাং মনা তাবনা
মনম্ মতু চোম্বিবা। লাকোয ভাঙ্গ মানবা লৈ।
লৈরাং মখোক অসিনা পাখং পোয়োম মাল্লিবা।
শিঙেন মানা শাৎপনা কুমজেং কোরি হৌবা লৈ।
শিঙেন সিনা করিনো, তাসি নোংয়াই হায়্নে?"
হংবিরক্লে নিংথৌনা॥ নোংয়াই মানা—"ইনিংথৌ
শন্-য়োংমানবী ওইহ্নুনা পুরুম চিং-দৈ গুরুনা,
তাওথরকই তুরেন্দা। মপা খংবা পাখংবা
লাংবন্ খোইচোপ্লিঙৈদা। গুরু মাল্লি হায়হ্নুনা
শল অত্থু চিংখংলে। লৈরাং সিবু ফোয়ন্ধুনা
গুরু মাবু কুপশিল্লে। পাওল লেপ্তুম্বা কৌবা
মাগী শাৎলুই ইংখোন্দা পোইরৈ তাবু খিবনা
হাইদোন তাবু হায়বদা—সনবু শংনা কুপ্নগী
পোইরৈতাবু খিবদা সংকুপ্ন লৈদি হায়ববু
"সংত্রৈ হায়না মমিংবু, শিঙেল সুম্না খোনখি হায়॥"
হংগৎচরে লৈরোন্সি। নিংথৌ মানা পেনবিরে॥
কংলে লৈরাং অম 'মুক। লৈরাং মনা তাবনা

ত্তিমেন্ তাদোন্ মাল্লিবা। নখোং তাবু হায়বদা,
পাৎন্নায় চঞ্চল মানব-লৈ; লৈরাং মানা শাৎপনা,
পাখং খুদৈ সনাইগী মদোম্ পেক্রুক মানব লৈ।
শিঙেম কোলোই করিনো!" হংবিবক্লে নিংথৌনা॥
"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ—অত্যা গুরু শিদবা,
মালেম লৈসেম্মক্পদা নোংদোন লাইরৈপাক্কুদা
লাইগী জগোই শাবিনা লৈরাং সিবু য়েপ্তুনা
খুরক সনা লকাদা লৈনা জগোই শাবকই।
লংথরকই লৈরাংসি ইলং-লংনা তারকই।
কোলোই লংথরৈ কৌই। লোইবী লম্দম্ অঙ্গোতোন,
খুশেল্ লাংথা মপুংয়াই, লৈরাং মাম্বা তাহুনা
শাৎলি হায়বে মহাকপু—লম্দম কোলোই লৌহুনা,
লাংথারৈ হায়বদা—পোইরৈ তামা থিবনা
লৈরাং সিগী মমিংবু 'লাংথৈ' বৌই ইনিংথৌ।
ননাই ইচেম লমজানা স্নুম্বা তাকপি মমাইদা॥"
মমা মপায় মমাংদা মরোন থোক্পোই থোক্তবোই,
মচা ওইবা শিংহুনা মতেক এতেক ঙাংবগুম
খুমন মানা লীবদা লৈবোন অসি মপুদা
পেনবিবদা লোইখবে মপু সনা পুরিংদা॥
হংগৎচবে খুমন্না স্নুম্বা লৈবোন স্নুপুরা॥
মনাই খম্বা য়েংহুনা—"খুমন ইবুংঙো মোংযাই!
নংনা ঙসি লাংব-লৈ, অহুঙৈদা নপানা
লাংঙম্বগা খেম্নদে, লৈরাং লৈ চু লৈরোন্স্
করি'মতা কায়নদে। নংনা পুরকপা লৈরাং,
থাংজিং মাগী লৈমন্সি খুমন নখুৎ অহুমা
খেৎচররো।" হায়বিরে। লমজা মাদি কিবনা
হেক্তি চংবা ঙমদরে। খোংকাপ মচেৎ থরদং

থাংজরগা খম্বদো মপু গুন্না মৈবু ওই
পল্লে নোংয়াই মচাদো। মপু সনা য়াথংনা,
"চংশিল্লকউ হঙ্গোইনু খম্ব। লৈরাং থেৎলো-লাও।"
খুল্লাম তোয়রক্লবদা চংসিল্লরে খম্বস্রে।
তাংজ-লুরেন তোংজুদা লৈরাং অদু থেৎলুরে॥
সনা ঈঙ্গিৎ-শকয়েংদু তন্না ইন্সিল্লকপগা
মিৎয়েং তারকপদুগা থেৎলম্মিবা মফমগা,
মপু সনা পুক্লিংদা, সনা মাইথোং অদুবু
ঙরাংতগী অঙাংগুম, নিংশ্রে লৈরাং অদুগা॥

## ৮

## লৈ য়েনবা

"খুমন নংগী লৈসিনা হেল্লি, বাৎলি চরৈনা।
লৌজরোকো" হায়দুনা স্বরূপ-নমখাং থাবিরে।
কোকথোন্ খুজি পিনরে। লৈগা ফীগা সিন্নরে;
পুখম্‌গা খরাইগম্সু গুন্নরে নিংথৌ পেল্লে।
মহারাণী লৈ থুংলে। স্বরূপ-নমখাং থাবিরে।
নিংথৌ তাল্লোই মখৈবু তরা মঙা থুংখরে।
চরৈ তরা মঙানি খম্বা মানা ফংখরে॥
যুবরাজ চোরোন্দা লৈরাং কৎকে হায়দুনা
খুমন তন্না মবাইনে, থোংলেন চাওবা অনিনে
চংশিল্লক্লে মরিদে। লৈরাং সুন্না কৎলক্লে।
নিংথৌগীদা তৌবগুম মপু কোকথোন থক-তুদা
লৈরাং অমা থেৎচরে। লৈরাং পরেং অমবু
মপু ঙক্ত হুকচগে লৌখৎচরে খম্বনা।
পরেং অদু উবদা হুকচরগে তৌবদা—
"তয়ুম খম্বা ঙাইখোদো।" খানস্রে যুবরাজনা॥

মপু সনা মাংদুনা খুরুখুদক্ লৈদ কুন,
লৈরাং অদু পায়দুনা খুমন্ লৈরে ঙাইহনা,
মপু সনা য়াথংদো। যুবরাজনা—"খম্ব!
ঐনা ঙসি হংবসে শেংনা খুম্মু, থুপকম্মু।
ঐ করিস্থু তৌরোইদো। ফত্তব য়াগী নৎতে।
নং মুংশাথিরুগম্মু। য়া অমতা হংগেকো॥"
হায়রকপদু তাবদা, থোৌদৌ অসি উবদা
চাওবা ফৈরোইজাম্বদি তশেং-তশেং তাখরে।
মরোল অদো থোংলেন্দি কয়া নিংঙাইদবনে,
মনানগা তাৎথিরা. উই, শেংনদি তাদরি।
চাওবদি শ্বাই লাওখরে—থোংলেন চাওবা তানরে॥—
"কয়ো ইভাও! লৈসিদি, মচাইবেম্মনা লেংই,
ইশোই শোইত্রবা য়ানি। ঐদি ঐ হায়বদুনি,
ইমৌ সিগা লৈবনে, খর খিত্তি মকোইনৈ।
কৈদৌবগে নহাক্তি ঙরাংদগী চৎতুনা
দুগা-দাগা হায়দুনা খর মতাকপিগনি।
করম দৌনি অসিদে—নংনা ঐনা খাম্মুবা
য়াব মফম থোকথিত্রে। মাংঙেদনা ইমাক-তে!"
চাওবৈ মরা তাবদা—"করি থৌগী মাংগনি,
লেংই হেক হায়রল্লু, হায়! লৈশাবী মহাকপুদি,
পাথংগী লৈ লেংনদা কনায় লৈদি লেংগনি॥
হা! নং ঐগী লেংগত্রা! মপু মাগী মচাদি
অরাম ঐগী নিদনা—অরাম ঐগী ইচানা
মপু মাগীনিদনা।" থোংলেন মরা তাবদা—
"কৈনো নংবো ভানিনে।"—"তাগে ভাসন্নুদনা!
অচুম্বনি করিনো! মঙোম্দা পিনবা লৈ,
মচা মুপীনা লেংবা—সিবু করি চোপ্পনো॥"—

খুন্না নৈনম্বিঙৈদা—চিংখুব—"হায়্ খম্বা।
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা ৎোরাং অসি লেংবদি
থাদোই ইচাইবেম্মা, মাতনা হৈজবনি।
অতৈ নুপী অমনা চুন্না লন্না ফজবা
লৈবাং লেংবা হৈনদে, মপু কোন্গী খুংতানি।"
খম্বা "অজ্জা" হায়নদি অসি ফাওবা খুমখরে।
মপা, মকু, মবাইদো মাংঙে হায়বা রাখন্না
কবি খুম্মককদগে থল্লুবদা মম্খরে॥
লৈরাং পরেং লৎনবা থাদোই মানা উরক্লে।
"মাংঙে-মাংঙে করম্লো? লৈরাং পরেং লৎনবে।
ঐনা লেংবা লৈরাংনি খুংঙতুনা হংবিরে।—
চিংউ-থাংজিং কোইরেল্লাই! নংনা কৃপা তৌবিয়ু।
কাযদনবা পাওখুমদো—খোযুম নংনা কুবিয়ু॥"
থোইবী থরাই রাখরে॥ খুমন মমা "লৈরাংসি
সনা চোরোন তাকপিবা, য়াম্না চুমই; অশেংবা
লৈম কোনগী খুংতানি।" হায়রকপহু তাবদা
চাওবা মিহুন সুদবে—"ঐগুম্বগী ইচাবু
নংনা লৈরাং লেংনবা' হায়রদুনা খম্ববু
মপুই দণ্ডি তারনি।" পাখৎখরে সিতগী।
চিংখুবনা—"খম্ব—তাও! লৈরাং অসি ইচানা
কোন্নুংদগী লেংবরা? নংগী য়ুমদা লেংবরা?"
চাওবা ফম্বা ঙমদয়ে—তুগদৌরে লৈপাক্তা
"ইমাক মাংঙে"—হায়বহু চাওবা লেপ্প লোইখরে।
"মচিন্নদি য়াখরে করম দৌমা কম্পিবা,"
চাওবা সোমদা খনখরে খুমন মাগীদমক্তা॥
খুমন্ মানা—"ইবুংঙো! ননাই লমজা ঐহাক্না;
লৈম কোনগী হায়বদি- তাবিয়কো মপুনা!

নমোম নজাইবেম্মা নূরা সনা খুৎতুনা,
মপু সনা কোন্নুংদা, লমজা ঐগী ইয়ুমদা
লেংবা নত্তে লৈরাংসি।"—"তুদি খম্বা! কদায়দা
লেংউবগে লৈ অসে?" "নমোম নজা ইবেম্মনা
সনা খুংনা লেংবিদে। ওঝা ওইবা তাকপিদো,
তুগা ননাই ঐখোয়না লৈবাংসি লেংজবনি।"
অম্মুম তৌনা খম্বনা বাখল তৌদুনা তপ্পা
হংগৎলকই। চিংখুবনা খংনিংবা—তান্সিল্লি।
"তুদি কম্মা তাকপগে কনায় য়ুমদা লেংবগে?"
হাযবিয়ে। "নোংয়াই ইচেম লাইরবীদি মনাইনি,
থাদোই নজাইবেম্মী। কোংবা লৈথোং ফাৎপদা
সজিবু লাকযেন কিশি অই ইঙা কুমদম্বদা,
'য়াম্বা শিঙোন লাকপৈদা নিঙোন কাংবু শামে হায়।
নমোম' মবক চংবদা শিবে নুবা কাংতুবু।
তুগী ইকাইখিবনা শাওবপ, তৌনা খোংথাংদো
থাংলকপদা, নুবাগী নাচোম মনিং নাম্থোকই।
মালেম থক্তা তাবে হায। মপু কোমগী লৈরাংদি
বিষ্ণু-লৈমম ওইগল্লি। খোংনা খুৎনা শোক্কনি
খুঙ্গিন্দুনা ইচেম্না কৎচরুই হায় ইচেম্মা।
থাদোই নচাইবেম্মনা "খুনম চন্নু লোঙবো"
পিনরকপা লৈনি হায়। ঙসি লৈরাংনমবা
শিঙেন লেংগে হায়দনা লং থিবদা ইচেম্মা,
শিঙেন লৈমন অতুবু থেংনরুরে লুবাক্তা।
অকংবদি লৈরাংতু লাইজ থিক্লেন চাইথবা
লাইজ পম্থেংলবদা লৈরাং লৈচু চোংথোকই।
উচুং লংগ তিংজবে লৈরাং নাচোন অতুনা
ননাই ইচেন' ওঝা ওই। লেংজবনি লৈরাংসি।

সিগী, ননাই লমজানা লৈম-কোনগী খুৎতানি
হৌংগৎপনি চোরোন্দা নজা ইবেম্মা য়াওদে।"
হৌংগৎচরে খম্বনা॥ চাওবা মাহু তাবদা
"পারিবুংঙো ইচাদি হিংঙে কেগেলৈপাক্তা,
মুক ফজবা পাওখুমদি খোয়ুম মানা পিবয়া।"
হয়াওখয়ে চাওবদো। চিংখুবনা—"হা! খম্বা।
খুমন নচেম অসিদি হৈখরেদা ইবুংঙো।
ইচাই লৈমন্ অঙুদি লৈরিমিদনা—খম্বা?"
"লাইজ মামা চোৎলবা, লৈমনগা ওইবগা;
থম্মুবগা ফরবোই য়াবা সুজা কারনি।
খোংমা খুৎমা শোক্লগা দোষ ওইরনি হায়না;
লৈবাং হুবু ননাইনা থাম্বি খুদাপ অমনা
থাদোকচবে অহুগা ভাংগোয হুগা লোইনবা,
উৎ-অহু খোমহুনা থাদখবে লাইহল্লি-দা।"—
'খুমন! ভাঙ্গোয অহুদি—তাওরমখিম্বি, নত্তবা?"
খুমন মচা খম্বনা—"সনা বুদ্ধি মঙাইরে,
ইচন্ খবাই খন্দুনা শিংউৎ নাপুং য়ৈরগা
খোংফৈ চিংয়োং চন্দুনা লাইজ মাবু থিংউবা,
হুগা করিগুম্বদা ফংগদবা উৎ অদো
ননাই বুদ্ধি থেন্‌বনা লেপচবদি ঙমজদ্রে।"
খম্বে মবা ত্যবদা চিংখুবনা খল্লকই—
'ইচাবুসু থাগৎপা মশাবুসু কনখিবা,
খম্বা হায়বা অঙাংসি শিংই ফনা নিংথিনা।—
লাকুও! লাকুও ইবুংঙো! খুমন নংগী লৈবাংদো,
হুকচবরো" হায়বিবে। খুমন লৈরাং হুকউরে।
পেল্লে চিংখু নহাসু। উখি লৈপাক মীয়াম্মা।
মজাইবেম্মা থোইবীনা তানিংবনা রাফমদো—

"সেম্নু তানিংখরেদা, নবুংঙো-তোনগী ম্নাসে;
লৌবিরেদো লৈয়াংসে। করি হায়রুরি'দনো?"
"মতারনি ইবেম্মা কয়া মকুইররোইদা।"
স্নুম্না খুম্মে সেম্নুনা॥ নিংথৌ নমখাং থারকই।
খল্লি যুবরাজনা—"ঐগী নমখাং অসিদি,
ইমোম ইবেম্মগীনি, ইচা' করি হায়গবা
ম্নাম্বুং নম্‌খাং থারকই, ঐম্নু পিবা চুমইসে।
পিনিংইদা করম্নো, ঐনা হোয়েন থাদোকউ,
ইচা করি হায়গবা?" চিংখুবদো—থোইবীদা
অমুক চরৈ অতুদা, লৈয়ে স্নুম্না য়েংতুনা।
চিংখুবগী নম্‌খাংদো—থাংগৈ শেংবা মপুদি—
খুমন মাগী হায়তুনা সনানদি মফেল ওই,
লুপা' মম্নুং কাতুনা, মোইরাং কংলা কাবদা,
ইম্নবা শাজৌগী অপাম মুংশি থুংলগা;
হায়না বাখল তৌতুনা শাজবনি থোইবীনা।
"ফীতুনা ফজখিবা নিংথিজবা উতুনা,
মচাদগী বাইতুনা ইল্লকপনি চিংখুবা;
মপোৎ শেংদবতুনা পাকহেক পিবা ঙমদরে।
'চানবা মচা ওইবমে, পাম্‌জনগা শাখিবা,
মিংজিং মাংজিংনখয়ে, মওন মওন খন্দুনা
য়েংই মমোম থোইবীদা চিংখুবনা, পিনিংনা।
থাদোই মানা খোয়ুম ওই, মপায় মবুক চংনিংলে,
পিথোকখরো হায়তুনা লাওরুবম্নু য়াদবা।
ঈঙ্গিৎ ওইনা হায়সি কদায়, থাদোই খ্রো-খ্রো খোৎলে,
পিহন্‌নিংবনা ফীদো। থাদোই মবুক অতুনা
কম্নখিবা বাখল্লা—"কোরৌ চুপ্পা বাইরক্লে,
হেক্‌মা পিথোকখ্রো হায়বা, মপু লাক-অ-মতুদা।"

ঙাংথোকখরে থাদোইনা। মমাতোনগা সেন্নুগা
অনি অচু তাহোরে। মমাতোন—"করম্নো,
ঙাওরে থাদোই ইচাসে, মাইবনসু ঙম্মরোই
হিন্দাক্নসু কোক্লরোই। লাইনা লাইওং হায়বসু,
অমাইবনা ঙম্মরোই—উরোই পাঙ্গিশিংনসু।
পাম্বুবগী হু হায়বা, সুংশি-মৈচাক হায়বসে,
খ্বাইনা খংদ উদবা তম্নথিরবা লাইনানি।
খুংনা শোকই, মশাদা, মশক য়েংই মউদা,
খাম্বী মৈথ্রি থোক্লবা, কোরৌ মৈথু কাদবা,
মীগী থমোই লকাদা ইংনা চাকপা মৈজিদো।
মাসি কোক্কদবদি মাইবা পাঞ্জি নংতবা
ইবাং চবান হৈত্তবা মাগী খুংত্তা কোক্কনি।
উন্দা হিপুই ইংদেদো, পুখ্রি কুমই চোংত্তেদো।
উপায় লৈত্তে মাদনি। কম্নদোগনি সেন্নু সিদে।"
মমায় ঋতু তাবদা কুমদনৌবী থাদোইনা—
"পলেম শেখ্বী ইমাতোন! করম হায়না মাতুং,
খংবিতুনা ইনানা, হায়বিরগে নচাদা"—
"নপাইবুংঙোই হাক্তক্তা। খংহৌইদো ইমানা।
খংই খংই ইবেন্মা! ইমা করি খংহনি।"
হায়বিখরে থোইবীদা। থাদোই মমা তোনহুদি,
ঝাদ-ইমা হায়বনি সুজা লেংগা ওইবীনি।
কেগে মোইবাং লৈপাকত্তা মমাতোনে থোইবীনে,
শক-তা লাম্বা ওইবীনি। হায়নম্নিবা সুপীনি॥
সোম্‌দা স্নম্না লাংনব্রি অমদনা চিংখুবা,
খনবা মখৈ খল্লগা সন্না নমথাং অতুবু
থারগেদি নিংখরে "শিঙেঙ কোম্না শিংঙগে।"—
"খুমন ইবুংঙো খম্বা! চংশিল্লকউ শাজৌবা।

চরৈ কীবু কুপ্লিগে।" কৌবিবক্লে মপুনা।
কৈখা নোন্বা শাগুয়া. চংখরে তোম্পোক্লা।
খুমন্ মনম চেংযানা খুরুখুদক কুম্লুবে।
মপু সনা নমখাংদো কুপ্লিখরে মনম্দা॥
খুমন খুরমলহুনা লৌজখরে কী অদো।
থাদোই মাহু উবদা হবাওজমন্ প্রহুনা—
"হাহা যো; নোক্লিংইদা—সরি সো সৈত-লাই-লৈ;
ইঙ্গসনু কৈদৌনি, সোরো সোবো চিংসনু।"
নোকই ইশি শি মথৈ। মমাতোন্না—"ইবেম্মা!
মী তানি কবিনোদা।"—"তাগে ভাজসনুমা।"
সুম্না খুম্মি থাদোইনা, মনিং তপী ইবেম্মা॥
এংখুবাংবী মমানে পলেম তবা মাথোযদো—
মোংযাই লৈবু থুংলক্লে। মতিকচানা চরৈবু
তরা মাথোই মকৃহুনা লোইনা পিরে, অমমম্।
মপু মোইরাং নিংথৌনা কোনগা কীগা কয়ানা,
যুব্রাজনা কয়ামা, নিংথৌ তালোই মথৈনা,
যুব্রাজগী মথৈমা মনা অহুনা, পিবকপা
কৈরোইজাম্বা মবাইনা পুবা-লাকপা গুম্মক্লে।
মনাইশিংনা হোঙ্গিনথি। ময়াম অসি লোইবদা
থাংজিং মাগী লৈমন্দো থাদোই মাগী তম্নবা
মতাং অসি যৌবদা চাওবা থোংলেন লৈহৌরে।
খুমন মশেন মবাইদো থোইবী তম্না চংলক্লে॥
খুমন মানা—"ইবেম্মা—থাংজিং লৈমন পুরকই।"
পিরুবদা থোইবীদো লৈথোকখরে মাইথোংদো।
খুমন অমুক চংশিল্লি অমরোমদা অমুক পি।
লৈথোকখরে অনিবক। খম্বা মবাই য়েংহুনা—
"ইবাইবুংঙো লেংঙসি; তুপী য়োগে কৌলহু,

সেলো উচান খাংনগে, তুনা থোইনা পামজরে।
ইচায় লৈরাং থুংওমদে লোক্‌তাক্‌ ভাবী থেম্বনগে,
থোইনা পাম্মে মাতুনা। থাংজিং মাগী লৈমন্নি
করি শাওকম থোক্কেদো। লমজা খুংনা পায়রুরে,
সারা মানা পুরকই—খংই ইবাই ইবুংঙো,
শাওবিবনি মাতুগী।” চংসি হায়না খম্বদো,
লৈপোল অহু পায়খৎলে। থোইবী মাহু তাবদা
নুংশা থিগ্রে খাই লাওই।—“কনবরা হায়বরু
মাংনবতুম ওইখরে—”। তুংওইননা ইবেম্মা,
নুরা মথুং তিংথোকই। কৈরোইজাম্ব মবাইনা,
“খুমন ইবুংঙো শাওহু! যেংউনেসে, খুং অসে।
অর্থ অমা লৈরিনে পংখরেদা নং অসে।”
মবাই ৱাহু তাবদা—“ইবাই’বুংঙো কৈদৈনো!
মনিং মমা, ওমনা লৈরাং লোবা হৌমদে।
খুমন ঐগী ইরান্নাই শিঙেল লান বসু নত্তে।
চিংউ মাগী লৈমন্নি। খংদ-মীস্তু মত্রেদো।
লোকন চাদনা পোংসে, পিয়ু লোগে হায়ববা,
লৈবোই হায়বা অর্থানি। ঐগী লন্নাই ওইরবা
খুমন ইবা থোক্‌পগী বানা বাথিন ওইর'দি
নোখরগা লোইরে—মাতুমক্সু থোক্কেদো।
পিবা ভম্মোই ঐহাক্তি। ঐগী দোষ ওইগনি।—
লোবেন থাংজিং মহাক্না ‘চিংউ ঐগী লৈনমবু
নোনিংদবা মীহুদা করম্‌ পিশিন্নবগে।’
উখিগনি শাওরনি. ঐদি পিবা ভম্মোই।”
খুমন মবা তাবদা—“বিচারদি মাতুনি,
অতুম অসুম ওইনমক্‌ নোংয়াই ইবাই বা হায়গে;
পিরসিদা লৈ-সি—‘নিংথো বারুম, সমু বারুম,’

সুম্বা বা লৈ ইবুংঙো! নংন পিবা লৌত্রগা
ইবাই পিগে হন্দক্তি, পিদবদি চুমদেনে!"
"ইবাই ইবুংঙো চুম্মি—খম্ বা ঐনা পংবনি,
ঐনা খঙ্গকবনা— লৈরোই মকোক ওইহনা,
মপল ইবুংঙো, নিংথৌ মহারাণী য়েক্লরে।
অসাইদগী খম্বনা—ভুংদা সুম্না লেপ্লগা
ইবাই ইবুংঙো লৈসি—যেল্লক্ল'দি বা'মনি
লৈপাক মাংদা নংঙনা মপান্ন সংগাইদা ওইয়ু,
মাহুমক্ষু থোক্লরে। কেগে মীয়াম কৌরগা
মাযম নাংদ হাংপদি ইবাই'বুংঙো য়ানিংদে।
ইমান্নবা য়াম্-কান্মি। লে হেকভৈগী বাসু লৈ,
সিনা ইবাই ইবুংঙো! লৈরাং পিবা ঙম্মরোই॥"
খুমন চপ্ হেক য়ুংখরে॥ বাখবেদা থোইবীদো,
মিৎস্না খম্বান মানবিদো, তবং লাইজ শিন্নরে।
"লানখ্রেদনা ঐনা, করি বাখন্দগীনো!"
খল্লহনা থাদোইনা চিন্না থোক্ল হায়রক্লে—
"তাদ'বুংঙো সেলুংবা! মী, শাওহন্ বিগন্নু,
হোবেন থুংলে হায়জগে, হয়েং থুংলে হায়রকে।
ঐনা নিংবা অনঙং লৈজহনা তৌবনি।
পিহনবিয়ু লৈবাংদো" হায়জরক্লে থাদোইনা,
মুরা মাযথোং লৈসিল্লে লৈরাং অহু লৌজরে॥
"তম্নুম সেন্নু ইভারোই—মুমুম্ কীদি ফত্তবা,
নিংথম থোংদৈননবা মখা থংবা ভুদগী,
পিখিসিবা অমত্তা—নিংঙোন লম্নাই চাওজদে,
ফত্তে বারৌবিগন্নু।" হায়জরকই থাদোইনা॥
মবেম্মগী বাহুদা সেন্নু ভাবতি তাদরে॥
"করি বানো ইবেম্মা! খংজদরে ঐহাক্তি,

মখা থাবা চরৈদি—মমল য়াম্ব ঙাক্তনি,
মখাদগীম্নু হায়রবা ফত্তবম্নু হায়রবু,
চরৈ লৌফম খংদবে, ঐবু শেংনা তাকপিয়ু।"
হংগৎচরে সেম্নুনা। "করি বানো ইতারোই!
পংখরেদা নং অসে। ঐনা পিজনিংববু,
ইপোৎ ফন-ফনম্নু মত্তিক চাবা কৌবরা।
খোয়ুম লাইদা কৎপবু মত্তিক চয়ে নিংফদে।
পিনিংবদা পিবনা মত্তিক চাবা লৈবরা।
মীনা মহেন খিবনি ঐনা মরাৎচবনি।
করি লৈবা ফীনোদা। অতুগুম্বা চরৈবু,
খিংথম খোংদৈমনবা, হুম্নু মত্তিক চাদেদো,
পিখিসিনে পুরকউ।" তাকপিখরে সেম্নুদা।
চরৈ অহু পুরক্লে মবেম্মদা পিরুরে।
মুম্নুম্ চরৈ অচোবা ফীগী মচী অহুদা,
লুপা নিফু কিশিল্লে। মী কনাম্নু উহন্দে।
চরৈ অহু থাবক্লে। খুমন মানা লৌহুনা
শিন্নরে'মুক মবাইদা ফৈরোইজাম্বনা—"শাজো।"
"ইবাই 'বুংঙো তাক্পিস"—"পোৎ থৈবা হৌরেনহায়।"
"করি পোৎ ওইববনো?"—"হায়গবিনি, ইবুংঙো!
চরৈ মচী অসিদা পুল্লিবসি উবরা?
লুপানিনে শাজোতোন।" মবাই মরা তাবদা
"য়াম্না ফরে ইবাইবু—মাহু তোপ্না থম্বিয়ু।
লমজা ইচেম লাইরবী মাগী বার্জোন ওইজগে।"
ফৈরোইজাম্বা মবাইদো—"কুরি? অঙাং। বারতোন!"
খংপ্রেক খংনা হঙঙকই, খল্লুই বাথল অমবু॥
খম্বা মসেন মবাইদো—মোইরাং ফমনাইবরোমদা
লৈবাং থুংগে চংলক্লে। মজাইবেম্মা লৌহৌরে,

খম্বা মাগী লৈরাংদো। পাম্মুবনা পিবনা
লৈরাং লুনা তোঁহৌই। লৈরাংগুন্না কম্নবনে,
প্যাম্মুবগী য়াশিনে, লৈরাং গুনবু অনিনি॥
মোইরাং ফয়াইবশিংগী লৈরাং থুংগে চংলক্লে।
নোংবান পোকপা মপাদি তাঙোম নিংথৌ হায়বনা
কেগে লৈপাক অতুগী মকোক ওইবা ফম্নিদো।
খুমন মানা লৈ অতু পিজরুবে, লৌবিরে।
হরাওবিরে চানবিরে, "খুমন ইবুংঙো কজৈ,
নিংথিজৈদা লৈরাংসে — মতিক চাদে শাজৌবা।
চরৈ অসি লৌজরো।" পিনবিরে পোন্দেনবু।
পান্ন তম্না লানবিরে॥ উরে নোংবান মহাক্না—
খম্বা হায়বা লাইরবা চুদংপসে হন্দক্তি,
মাংব্রা তোংব্রা, ময়াইবক থিব্রা ফব্রা অনদি
য়েংউ থোক্নদৌরিকো। ঐগী ইপা ফাওব'সি
নমহুন: ফী লৌরক্লে। হরাও হরাও পিনার।
অহন'সিম্ভু ভাওথরি, করি থোকই হাযতুনা,
কৈস্‌ কান্নদবদা তৌজকুনা শারিবা!"
ঙাংই নোংবান কম্ ফমদা॥ নিংঙোল্লাকপা ঙবাংগী
মোংবান খংনখিবদো, মাগা ফ্ফম্ হেক খংনৈ।—
"হোয়! অতু মঙাইদনা, মুংবু মুংশিন্দ্রবদি
মপা মচা লৈবরা। মুংশিরগা হেক লোইরে।
শকপু মুংশিন্দ্রবদি মপা মচা চংনদে।"
ঙাংই নিংঙোল্লাকপনা। "করি য়ানো ইয়াম্বা!
হৌমুদা খংনবসে।" খুমই নোংবান কোম্বানবা।
"মরুপ মপাংনিদনা—মাবু থিনা হায়রগা,
লাম্নবদি অমত্রি, কৈস্‌ তৌজদবদা।—
খংনবা হৌবা কৌদে য়াগী য়ানা তার্বনি।"

ঙংনৈ অনি স্নুমদোনা খুমন মাগীদমক্তা॥
খুমন মানা লেরাংত্নু মপা থোংলেন মাংত্নুদা—
"পম্বো লৈরাং পুরকই ইপাইবুংঙো লৌবিয়ু"
হংগংলুবা মতমদা—"পাবি'বুংঙো ঙাইথোনে।
ইপা লৈরাং লৌখিরোই। মংগীমু মবুংঙোনি
ইপাগীমু ইবুংঙো, লৈরিবসি উববা?
ইপাদা হায়া পিয়ু, লৈরাং লৌবা ঙমখিরোই।"
মোইবাং থোংলেম অংথৌবা হিক্-হিক্ লাওনা কপথরে।
খুমন মপা উৎদা ঙকচথরে খম্বদো।
"পম্বো'বুংঙো নচাদি খংজদরে করিনো?
ইপায যাথং অশেংবা তাকপিয়ুগবা ঐবু।"
"পাবি নংবু উত্ররো! ইপায ইথক অসিদা,
চৈর ফীঙৌ থাত্নুনা ফম্বিবসি উত্ররা?
খুমন নংদি পংইদা লোংবাই কবি খংদবা!
খয়ুং লাইরৈপাক্তগী খম্বা-ইচা লৈরাংবা
যেংগ য়াক্তগে লাকই। 'খমুং লম্বী অশাংবা
চংকদবা অসিবু. পুংগোই মতম থেংবমু
খুমন নংবু লাকখিনি লৈরাং পুবকখিগনি।
ইচায লৈরাং লৌখিনি।' ঙাইরি খুমন নপানা।
নপায লৈরাং কংলুনে। খম্বা নপা খুরম্মু।
লৈরাং পিয়ু হাযত্নুনা নপা' মথুং তিংথোক্লে;
নপা মশক খংদ্রত্রা খম্বা নংবু উত্ররা?"
তাকপিরক্লে মপানা। খুমন মানা তুত্নুনা,
হিক্লা হিক্লা কপথবে। "পম্বো 'বুংঙো নচাদি
খংজকদ্রে শাওবিয়ু।" খুকুমজরে খম্বনা,
খাত্রাকপগী মথাদা থোংলেন মাগী মথক্তা
ফম্ফম অমা হাংত্নুনা ফিঙৌ থান থম্বিবা,

মপায় ফম্ফম্ অতুদা খুমন তুম্বিঙেতুদা,
থোংলেনবদি মপানা—“নমা ইচল-লৈমনা
মখুৎ-মক্লা শাবনি, তাকপিম্বিদো নপানা।
খুমন নংবু চৎনসি থোকবিবেদো নপানা,
লোজ্জৌ খম্বা কংজরো।” হায়রক্তুনা লৈকুম্'মা,
কুপ্পিখয়ে মচাদা, পুবেনববু শক্তুনা॥
মপা মশক খংদবা, মপায় ফম্ফম খংদবা
খংলে খুমন মাতুদা, নোংয়াই মবুক পেনখয়ে।
থোংলেন মবুক অতুদা ‘ইতাওবুংঙো মুংশিদা,
নংগা ঐগা চংতুনা যোক্লগদি ইচাসি,
পেনগদবু ওল্লোকই।” কপ্লে থোংলেন অথোবা।
মোইরাং ফম্নাইবশিংদো থোংলেন মতৌ উবদা
বপ্পখরে। “মুংশিদা, মরুপ হায়বা প্রেম-অদো!”
খম্বা মাবু উবদা নিংশিংনরে পুরেম্বা॥
খুমন মান' মপাগী লৈরাং কৎপা লোইখরে।
থোংলেন মপাতুমদা লৈরাং অমুক কৎচরে॥
থোংলেন লালোই তাম্বনা—“ইচায মপান চারেদো”
লৈপাক মাংদা লাওতুনা লৌবিখরে লৈরাংদো।
লৈকুম অমা থাবিরে - পাম্ন চতুম লানবিরে॥
মোইরাং চাওবা নকুদা লৈবাং অমুক কৎলক্লে।
“অভাং নোংয়াই শাজ্জোবা নংনা পাঙ্গল পিক্লিঙৈ,
য়োক্লক্তেদো ইকুনা। নংনা পাঙ্গল চাওরগা
নপান চাবদি য়াওরে। খুমন ইকু পেল্লেদা।”—
চাওবা পোন্দেনই থাবিরে পাম্ন-চতুম লানবিরে।
মোইরাং ফম্নাবা মথে লৈরাং লোইনা থুংখরে।
চরৈ পোন্দেম অমমম্ খম্বা লোইনা লৌখরে।
ফম্নাইবদি লোইবদা ফম্নাইবগী তান্নোইশিং

লৈরাং য়েনগে চংলক্লে। ময়াম হুগী মকোক্তি,
খুরাই লৈমা ইবেম্মা নোংবান পোকপী মমানি॥
খুমন ভক্তি তৌহুনা লৈরাং অহু থুংউরে।
খুরাই লৈমা পেন্‌বিরে — চবৈ লৈকুম থাবিরে
খুমন পোকপী মমাবু চিল্লোক চিন্দিন্নহুনা
কম্মিন্নজরম্বনে, লমজা ওইহৌরবনে
মচায় মরূপ ওইহুনা তিন্নরুবা অসিগা,
মুংশি খুরাই লৈমনা মচাম্বক্কি নিংখরে॥
মিংতা পিবু ভাহুনা খুমন মাবু কোনবিরে,
পান্ন চহুম পিবিরে॥ মমা চরৈ থাবদো
নোংবান মানা হায়বকই "ইমাখোয়স্থ য়াওব-শাই।
খংঙে কয় কুইরবোই—কুমসি নোংমৈ মঙাইরে॥
ফনা যুগোং চাদবে ভম্ম ইঙাও ঙাওনরে॥"
নিংঙোল্লাকপা শাওরকই—"তানিংদে ঙাংগন্নুনে;
নোংবান নহাক-খক্তনে মুংকদৌরি অঙোম-স্রে।
যেংউ শোইরোই কোংয়ানব। ফনা মুংশিফম থোক্‌ই!
নংগা মাগা মকপ্লি, নংদি নপান ফব্রিনা।
লাইববনি খম্বদি— চরৈ খর ফংবদি
হবাওফৈনা নহাক্তে ধর্ম্ম লৈতে নহাক্তি,
তুংদা কয়া নুংঙাইরোই॥" হায়বিরক্লে নোংবান্দা॥
অনিহুনা খংনবা নংগা মাগা য়ৌনখি॥
নোংমাই মাগীদমক্তা নিঙোল্লাকপা তিংখংলি।
খুমন মাদি ভাজদে- লৈহু থুংগে হায়হুনা,
থোংলেনবিগী মমাংদা চংজখবে খম্বদো!
"পল্লেম 'বেম্মা নচানা লৈবাং থুংগে লাকচরি"—
হাযজরুবে—। থোংলেনবী—"পারি ইবুংঙো ইমা
লৈলোব। ঙমদরিনে, মপু মানা চিন্দানা,

হৌনজেদো শাজোবা, মনাইনা হান্না চিন্দবা ॥
য়েংউ খুমন অসিবু ফীডো খুদা থান্নিবা.
উত্রবন্না নহাকপো, নংগী ঐগী ইবেম্মা!
ঙাংখরৈমা নমাবু ফম্বিবসে ইবুংঙো ॥
নংবু পোকপা তাদম্বা চৎসি চৎসি হায়বদা
"খুমন ইচা উদবা লোইদাম মতম কুইরক্লে
উন্নখিনি হায়দুনা খুমন! ঙাইরি নমানা।
নমাই লৈরাং কৎলুনে।" হায়না তাক্লে থোংলেমনী।
খম্বা লমজা চংদুনা পলেম ফীদা থক্কুদা,
থাদজরে লৈবাংদো। খুমন ভক্তি ইরোইনৈ,
মমাই খুদা খুরম্মে। ফম্ফম অহু খংজবে।
থোংলেমবীনা খম্বদা "পান্নি খম্বা নমানা,
চরৈ অমা পিনম্নি ফংজহৌকো ইবুংঙো!"
পোন্দেন অমা থাবিরে। খম্বা চরৈ ফংজরে।
মথং অহু মমাদা থোংলেনবীদা খুংখরে।
পোন্দেন অমা থাবিরে। লৈরাং মথং অহুদা
নোংথোনবীদা কৎলুরে। নোংথোনবীনা
"পান্নি ইবুংঙো খম্বা নমা উন্নরবরা
ঙাইহৌবদায় নহাকপু?" কপ্প কপ্প হংলকই,
লৈ অহু লৌবিবে।—"ইমাইব্রেম্মা উন্নবে,
চবৈ অমা পিব্বিরে।" হাযজরুরে খম্বনা।
পোন্দেন অমা থাবিবে। খম্বা মথং মথংদুম
'ভম্বা তালোই মখেদো লৈরাং কৎপা লোইখরে।
মোইরাং প্রজা অপুম্বা মীপুম তিংনা যেনখরে।
মোইরাং মীচম ফাওবনা কোক্তা য়েংপা চরৈদো
থাবিরকই লমজাদা। চরৈ বাংপা মখেনা,
পান্ন থাবা য়াওরকই। লেম্না তোক্তে কনাসু।

খরাই'পুখম সিগ্নরে লৈগা কীগা ওম্নখি।
কোয়ৌ মুমিং অসিদা ফংখরেদা খম্বদো।
লৈরাং য়েনবা লোইখরে মীপুম্বা পেন্নখরে॥

## ৯

## জগোই

মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা হংগংলক্লে নিংথৌদা –
"ঐবু লোয়বা ইনিংথৌ! খাবি শিন্নু তম্বিনা,
অমাই শিখোং য়েংলবু পাওজেনবনা লাইকাবা,
লাইগী মপাও অদুদা হাযবিরকই ইবুংঙো।—
নিঙোন মকোক ওইবীনে, পাখং মকোক ওইবনে,
মশক মতৌ ফজবা ঐগী হবাওবসিদা;
জগোই শাও, নিংথিজনা, লৈপাক মবুক তপ্ হনগে,
নিংথৌ মরা চেংহনগে হায়রি॥" হায়না চাওবনা॥
"নহোয় অঙম্বা প্রজা পুম্বনদি, নোংথোম্বা!
করি হাযনা খন্নরি? ঐগীবুদি লাইরিদা।"
মপুই য়াথংসি তারে তাকপিরে নোংথোম্বদা।—
"নমাই ঐখোই খ্বাইগীদি, নপুই মঙ্গোল ওইনবা,
ফগদরা অসুম্না খঞ্জহুনা লেপ্নজে।
সনা নোংদম অমতং তম্বিনবা হায়হুনা—।"
খুমজরক্লে চাওবনা।— "ইপু নোংথোন! অদুদি,
নিংঙোন মকোক কনানো? পাখং কনা লৈবগে?
মশক মতৌ নিংথিবা চোম্লোইদবা লৈপাকী?"
হংবিরক্লে নিংথৌম্মু॥— "ইনিংথৌবু ! মোইরাংদ'
পিক্লবম্মু শম্লেংনি — চাওরবম্মু শম্লেংনি।
নিংথৌ নচিন ননাওনা, পোকপা নজাইবেম্মা,

নিংঙোন মকোক হাযববু থোক্নি মুরা মানা॥—
তালোই তুথি তমগ্রিবা তেংনা মুখগাদরিবা
হায়রুরগা পাখংদা,— হাযসি কদায, হায়দসি
কদায়নো ননাই ঐবো! মশক মতৌস্ম ফবা,—
হায়রুরগা করিদা-অকাইববু লাকবা!
সিমস্থ-তুক কিজেদা!" হংগংলকই চাওবনা॥
"করি ৱানো ইপুবো॥ নরম্নাইস্ম মত্না!"
তাকপিবক্লে। চাওবনা — "ননাও ইবুংঙো পাম্নোম—
অদোমদস্থ কায়দবা — ননাই নোংযাই অঙাংনা,
থোক্নবা অস্নম্না খন্নজে নমাই 'থোইনা।
সিবু সনা চোবোম্না স্নম তৌজৌ হাযবা অমত্তং।"
হংগংলকই ৱাফম্সি যাম্না লুনা খন্দুনা।
"যাম্না ফরে নিংখিদা। সিবু নং ঐদনদি
হেক লোইথোকপদি ফদে, ইনাওদ মুকতা হাযক।"
তাকপিখরে নিংথৌনা — চাওবা তন্না লাক্নুনা, —
"মনাও 'বুংঙো! নযাম্নুং সনা যাথং তাকপিরি—
নজাইবেম্মা থাদোইগা মনাই লৈরোই মবোক্না,
জগোই শাহন্সি হাযনা। ননাই চাওবা লাকচবি।"
হংগংলরে চাওবনা। যুবরাজনা—"ইপু!
চাওবা নংগী নৱাসে, মুংঙাইতেদো তাবদা।
তালোই নত্রা তালোইশা, মথং নত্তা যেৎত-থং
করম জগোই শাগনি॥" যানিংদরে চিংখুবা।
চাওবনা "খংদে মাহু মনাই ঐ, সনা য়াথং ওইবগী
মচাইবেম্মা কাদদি অপোকপনা কনবগী,
হাযরু হায়বা অত্নগী হংগংচরবদনি।"
হায়রে চাওবা। যুবরাজ— "তবু ইপু নোংথোম্বা,
নচা মমাক খম্ববু শাহন্নিংবহুদগী

নবুক-থোক্ল-শিনবরা হায় 'হু ওইরবনু ৷"
হায়না হংই চাওবনু৷ চাওবা শাওই।—"কম্মিদো!
ননাই চাওবা, ঐতবু তিঙভিগুম্বা মীপুক-হু,
থারা-গুম্বা মীপুক রাই ফংতবদা তাহনবা,
থনবিগনু ইবুংঙো। স্মুম্বা ওইসে হায়বদো
মপু সনা পুক্লিংনি, চাওবা ইথৌ লৈজদে।"
হায়রে চাওবা, চাওথোকই৷ মপু সনা চোয়েরোন্দা
য়োসি হায়না অনিদো চংবখরে, হংগৎলে৷
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"করি বানো ইনাওতোন্"
কেগে মোইরাং কনাগী লম্লাই নত্তে ইবুংঙো!
লৈপাক মরা ভণ্নবা নিংথৌ পুন্সিননবা,
হাররুবগী হায়বনি। নপু নোংথোনবসিনা
শিন্বা রা, মবুক-থোক্সু নৎতবনি মসিদি।
চিংউ লাইনা ফাওগনি। করি দোষ লৈবগে।
শাহন্সিদা ইবুংঙো। শক্ত-চুদ, লৈপাকী
মাইরোং ওইনা থাবদা তোন্দে খুমন নহাসে।
খল্লু খল্লু ইনাওস্নু।" তাকপিখরে, য়াখরে।
সনা য়াথং মক্ষান্-শিং হায়রু মমা মাপম্সু'
তাকপিখরে চাওবদা।—"চাওবা ঐনা হৌজিকপু,
মগোয় মহোয় খুদিংদা খুকউ লৈপাক তাহুনা;
মহোয় হৌনবী তোবা, ঙসি নত্রে তৌররোই।
স্নুপ্চিল্লগে, ঙসিদি৷" খল্লহুনা চংখরে।
ইবেম্মশিংগী মাংদা চাওবা মথুং লোয়রে।
"ইবেম্মশিংবু! স্নায়াথং—নজাইবেম্মা থাদোক্ইবু;
খুমন মচা নোংয়াইগা তাবে জগোই শাববু।
জগোই পোৎলোই শেংনবা তৌবিবনা ফগত্রা।
মহারাণী স্নায়াথং তাকপি'দবা করম্বা?

হুন্দু ননাই চাওবদা তাকপিগনি 'বেন্মাশিং ?"
হংগৎচক্লে চাওবনা ॥ মমা ইবেন্মশিংনা—
"ইপু চাওবা ! মরুদি ইজাইবেন্মা থোইবীনি।
'থোয়গীদি ঐথোয়নি ইপুনা'মুক্তা ইচাদা,—
মান্না য়ারকুবদি গন্তি লৈতে ঐথোয়দি।"
হায়বিরক্লে চাওবদা। চংশ্রে চাওবা থোইবীদা।
মজাইবেন্মা হান্ননা থাসি তারে, খংভন্মে।
চাওবা লাকপা উবদা - "তন্নম সেন্নু ইতারোই
উরবরা চাওবসে" - "উরে মচাইবেন্মা।"—
"জগোয় শাবদি তারে, ঐনা নিংবা থুংভনি।
পাক হেক য়াবদি চুমদে। য়ানিংদনা য়াগেকো।
চিংথোক সোন্দোক্লগনে হুদা শাবা তামাল্লে।
চুনা ফজরোইদ্রনে ?" - "চুনা ফজে ইবেন্মা।"
সেন্নু মনাই সুপীগা তান্নখরে থোইবীদো।
চাওবা লাকপা, থোইবীনা উশিন্নদে খংসিন্নে।
চাওবা—"মজাইবেন্মবু।"—"হান্নমা ! ইপু ! করিনো ?
উইক্লরমালে ঐদি !" খংই, থোইবীনা হংই।
"জগোই তম্বনি হায়'না কয়া থেংশ্রে ইপুনে।
ঙসি অহিংদি ঐদি তুমসিং কাদ্রেনেসে।
তুম্লিংবননে ইপু !" হায়জৈ থোইবী চাওবদা ॥
"য়ারবিনি ইন্নুদি ! য়েংশিংঙেদা জগোইদো,
মহৌশাগা হৈবনে চুদৈ'মুক্ল তমশিল্লে।
ফজরনি ইবেন্মা ! ঙসি জগোই অসিদি ॥
নপল'বুংঙো নিংথৌনে নপাইবুংঙোগা 'নিনা,
খুমন মচা খম্বগা, নিঙোন মকোক ওইবগী
পাখং লৈরোই মকোক্তা জগোই শাওদি তাকপিদো।
নমাইবেন্মাশিং-খাই—অঙম্বা পুন্নমক্ল

হরাওনরে ঙসিদি। জগোই শাবা তারেনে।
চরৈ হোংলবা তৌরো।" হায়রক্লে চাওবম্বা॥
থোইবীনা—"হায়মা ইপু! ঐদি ইতোম শাজনি
শামিল্লবা ঙমজরোই ঙাওবরনে ইপুবো?"
থোইবী বাহু তাবদা—"নপন সনা য়াথংনি।
হায়দ-য়াদ-হাযবনি। কেগে মোইরাং চাওরিদো।
মোইরাং খুলক অসিদা য়াম্না লৈরি নিঙোন ঙাক,
লৈম-সিজ লখা'মা। অমঙগা শাহল্লোই—
তল্লা পরেং লেংহনগে খুমন মানা ময়াইদা
মঙা মঙা য়েৎ-ওইদা শাহঙগে, করেদা।
য়াত্রবদি কৈদৌনি। চৎলে মজাইবেন্মা।"
হায়রহুনা চাওবদো থাদোই মবুক উত্থুনা,
চৎখ্রে কৈম্নু থৌওইদে। থোইবী মুংশা থিখরে।
সেন্নু তাম্নরক্কুনা পাম্ন-চত্থুম পিররে।
মবেন্মগী মন্নাথং—চাওবা কাদা থংউরে।
"থংঙে সেন্নু ইপুনা।" তাকখি; অত্থুম চংখরে।
মমাহন কল্লা মঙাগা মমা মাপল অত্থুগা,
পোংলোই সেংসি হায়হুনা চিংখৎলুরে থোইবীদো।
"মাইনে মাইনে ঙমজরোই"—ইলেপ লেপ্তে মচিন্দি।
ইবেন অত্থুম হোগৎলি, চিন্গী ময়াম্বিংদদি!!
কুরিংন্নু হুম লিংশিল্লি। "কোম্মনবল্লা ইবেন্মা?"
"চারে"হুম মখুম্মই। "মাইনে ঐদি ঙমজবোই"
হুমদি থাবা লৈতে। থাদোই মতৌ উবদা
মমাশিংদো হয়াওই। মুংশিবগা লোয়ননা।
ইবেন্মশিংন্না শোকই। মমা'তোম্না "ইবেন্মা!—
তোকও, ইচা য়াত্রগা।" অস্নুম্না লংনৈ থোইবীবু।
মাই মাই হায়না থোইবীদো পোংলোই শেংপা লোইখরে।

চাওবা চংঙে থোংলেন্দ; —খমিং অনি উইশিল্লি,
থোংলেন্দো উদে চাওবা লাকপা তুমিন লৈরম্মি।
মন্ত্রি ভোজোন তৌরম্মি— "ওসি মুম্মিং অসিদা
খুমন মচা নোংয়াইগা মজাইবেম্মা থোইবীগা
শামিন্নহল্লু জগোই। মৎত্রবদি কুমসিদি,
থাংজিং বাংত্রেন নগোয়নি উকায় তক্কনি ঐনা।
লাই উকায় তক্প-কুম্ কুমসি থোকই শাহল্লুকো।"
লাই অনি তাইনরি। "ইতাও মন্ত্রি কৈদৌরি!
থোংলেন নমিং পাংথোকও।" কোরুমে মোইরাং চাত্তবা।
থোংলেন মম্বিং পাংথোকই— "চাওবা করি হায়বগে,—
ভোজোন থুগাইদা ইবো।' 'নংগী ভোজোন থাইথোদা,
মজাইবেম্মা থোইবীগা, ইমাক খুমন খম্বগা
জগোই শাবা-ভারেনে।" চাওবে মবা তাবদা
"লাও হাই ইবো—কোনগে। (কোমৈ অহল অনিদো)
অতুই ভোজোন অহুনি ঐনা তৌরম্মিবসু।
কনাম। হোদোক্তুনা কদোমদগী খুজিম্মো
তম্বুতাগে মাতুহুম, জগোই শাবা শাদবা।"
হংই, থোংলেন চাওবদা। লীনখরে অনিদো।
মবাই, মকু, মপানে মগাম অসি চংতুনা
শেংখরে খুমন মন্দীবু। গুলাপ মচু কৈজোম্মি।
নিংখম-সমজিন-উরেক-সেক-নোইনিংখোই-পামতু-লৈখাম,
খদাংচেৎ লোয়াম্বা-নে, কাক্লে মচু নিংথিবা
খদাং চেংকী মরিনা, খবাক লীয়ানকমহুদা
তারকপনা নিংথিবা, বাংলেন লাইগ তাবনা
মোইরাং তরেং ময়োৎকুম চিংলাইবক্তা হোৱবা
পামেন কোমানদোম্ন নাম্ন লিংবা শাবন্দো,
খুমন মাবু রেংবদা মিংকী কুমৈ ওইখরে।

খুবাং য়াইরৌ তান, হাপকৎখবে খুবোম য়াইসি তান্।
পাম্মোম তাল্ল্ হাপকৎলে। হাপত্রে খুজি অনিদি।
চাওবা থোংলেন অনিনা লৌশিং অমা তৌরক্লে।
চৈরে শেৎপা লোইবদা মিংথৌ মিৎযেং তাবদা—
"কৈনো মন্ত্রি খুজিদি?" হংবিরক্লে নিংথৌনা।
থোংলেনবনা—"খুজিদি লৈজদরে ইনিংথৌ।"
"লাও লৌজরো" হায়দুনা সনা খুৎতা থোল্লিবা,
লিরেন অংখাই খুজিদো পিনবিরে মপুনা।
চাওব-লৌগে তৌবদা—থোংলেন্না "চাওবা তাইখো,
নং-লৌরুম্ব ঐ লৌগে। নংনা লৌরুমবদি
অরাইমনাদি চংগনি;" থোংলেন খুজি লৌজরে।
"অরাইমন্দি থম্বদি, লাইরবনি ইনিংথৌ"
থোংলেন বাহৈ অত্থুদা উবিখবে মপুনা।
"ইপু থোংলেন অথৌবা! থংলে ইপু লৌবিখ্রে,
পিরবনি নচাদা।" হরাও হবাও পিথোক্লে।
লাল্লোই তাম্বা নোক্তুনা খুজি অহু পুরক্লে।
খুমন খুৎতা শিবিরে। মপুই মনা কংবদা
পুবেম্বা মপাগী, কোম্না কংবা অতৈদুম্ব,
খুজি মথাং অহুম্নি খুমন মাবু শিবিখ্রে॥
"থিদা থোংলেন নহাক্তে ঐগী খুজিসিতবু
লৌগদগী মানানে।" থংওদুনা গুংশিম্মা,
পেল্লি নোকই নিংথৌনা, চাওনা থোংলেন য়েংদুনা।
মপু মানা নোকপদু চাওবা থোংলেন উজরে।
মোকই মনাই অনিম্বু ইউ উনৈ অহুমদো॥
খুমন মাগী মতৌদো; অতোংবদা লৈথোনবা,
সনা'মনি থাম্বগুম নিংথিবদু উবদা,
মপু সনা পুক্লিংদা, "য়াম্ব্ য়ামদে অমুক্তা

পিনিংইদা ঐহাক্না নিংথিজেদা খম্বসে।"
খুমন মাবু উরগা—ভাম্বরৈমা পুরেম্বা
অনিমুবু থাগৎখি মপু সনা পুক্নিংদা।
খম্বা থোইবী অনিদো চরৈ শেৎপা লোইখরে।
মনা মগ্নান অমুনা —"চংভো জগোই শানবা"
হায়নবদা থোইবীদো —"মাইনে ঐদি ভমজরোই"
চিন্দি ইলেপ লেপখিদে। নাই নাই খোংদি তুম থাংই।
থাদোই নাইমাং যৌখরে, খম্বে ওইরোম থংবদা
খম্বা থোইবী অনিদো লেপক্লে থাংজিং শুমাংদা।
কৈলাস চিংগী চিংদোন্দা শিব-দুর্গা অনিনা,
লৈথোকপগুম চানখরে চাস মোইরাং লাই মাংদা।
মোইরাং কনা এংতা—নিংফম হোংবা য়ানদ্রে॥
মোইরাং নিপা 'মতদি— যেংহৈদরে লৈংরোই
মোইবা" লপাক অসিদি-।" ভাংবন মথন্মতা
ভাবা কৈনা ডমদবে। শাওই মবুন গমুদা
চাকই, লেপই, "যেংভোইদো।" মনিংতুনা য়াদরে
যেং বদি যাখিদে হুবান হুবান য়েংভকই।
এংকা পুক্না খংনবে। খম্বা থোইবী উবদা
যেংকা ঙৈ া লেপ্পদো নোংবান ফুক ফুব হোৌগৎলে।
ভাংবগা শকপগা — নোংবান এভৌ উবদা
ফনিম্নবা এংনবা নিংভোল লাকপা — "করিনো!
অভোম নোংবান সেলুংবা। যেংনিংদ্রগা থোকাপদ্রো,
চপেৎ-চপেৎ, অভাংলা! নিংফম হোংবা য়াদ্রবা;
মোইরাং লপাক অসিগী লাই অনিগী মশকপু,
কম্বা মমিৎ পাপ্পানো, যেংনিংদ্রবা অসিবু!"
থিনা হাবরে নোংনানবু খৎনখরে অনিমু॥
অনিমুনা লেপ্পবপা মূর্ত্তি অমু উবদা

লালোই তাম্বা অথোবা থোংলেম মন্ত্রি লাওরক্লে।—
"ঐম্বা ঙসি 'হোই' লাওনি খুমদংরোই খুম্বিয়ু।
খুমদবগী লমন্দি ঐনা নিংবা কাইবগী
থাংনা মরম হংগনি। চোংথোরক্লে থোংলেনবা।
সুংশিবগী কয়াম্বা য়েংনিংবগী কয়ামা,
কিবত্তুগী অমত্তু, পুক্লিং ময়োম চোংবগী
মখল মখল অসিনা চোংথোক্লরে মীয়ামদো॥
পুংসেন যন্ত্র শেনগৎলে। তুগী মখোল অতুদা
ইশিং লাই মখৈ হৌরে— "খম্বা থোইবী জগোইবু
শাগদৌরে য়েংউসি" হায়না ফুগৎনরক্লে॥
মাগী মাগী শাদোংদা মানা মানা তোংনরে—
ইবৈমনা-সরেংদা, ইরিক লেমা ঙাতেন্দা,
ইখৈরেন নামুংবীনা ঙাবা খরোবীদা তোং,
ইতোল লৈমা—পেংবা তোং, লৈফোন-ঙম্বী ঙানোইদা।
লাইনুপী মখৈ সুয়া মাগী মাগী শাদোং তোংনরে॥
লাই-নিপা কাংবুম্বা ইকৌরেন নিংথৌ নামুংবা—
মুক্লাং থক্তা তোংখৎলে। লমুং থবো ঙম্বা—
খাবক্ থক্তা লেংখৎলে। মোংশাং ঙম্বা লাইনিংথৌ,
ঙাতিঙ্গোদা। লৈফোম ঙম্বা ঙাথি থক্তা তোংলে॥
মাগী মাগী তালোইগা খাবাং লেংক্লানরক্লে।
ঙাগী থোগন কয়ানে লোইনা ফুগৎনরক্লে।
উমং লাইনা সরোইগী চল্লম্ হুমফু হুগদোইনি!
লাইরুরানা তরেংনি, লাইবং থৌনা মাপল্লি।
থাংজিং সরোই হুম্ফ্ গা মাথোই লাইয়াম পূমতিন্দি
তিম্বা লোইরে। ইশিং লাই, অমা কাওবা-চিথদ্রে।
লোক্তাক ইশা মাপল্ল ইথক লোয়না হৌথরে॥
ঙা ময়াম হৌনরক্লে। শরেং নোংথোম্বা য়াওরে।

ঙাহিন দোলাই পাবম্মু, ঙাক্রেম পুম্নান লেংথোক্লে।
ঙম্মু গোবিন্দ থোক্লে। ঙানপ্ পিত্রা খনবম্মু,
ঙাকিজ্রে৷ মানবা খনবা, পেংবা বটম্নান লাক্লে।
ঙখা শৈচিং পুরেন্স্ খাবক মেঙ্গর হৌরক্লে।
ঙাহৌ পুজারি য়াওরে। ঙায়াম পুম্বা কারক্লে।
পুংয়ৈ শেঙ্গোংলহনা থাংজিং লাইকম য়ৌনবা
ময়াম অসি চংলকই। ঙাতুম বেল্লুন থোংলকই
ময়াম খৈম্নে চিন্দা-দা মচিন ফবা য়েংহনা
সরেং থোইবী মহাক্না মোইবুং থোংই ঙসিদি।
ফীরান পায়রে খজিংনা। নিন থোংহনা ফাওরক্লে॥
উচেক ময়াম হৌরক্লে— বাইম্নু শিংগ-রাজ-দি
কদনবা লৌশিং লৌকোই নিংথৌবেন বাইম্নু ভেঙ্গোন
পুহনা কাখৎলক্লে। নোংয়াই থোংবু হনবদি
নাওথেম্ চেক, চেক্লা কোলোই,— লোক্তাকউথুম খম্বিচা,
উথুম কৌবা যাওরক্লে। উরিন সঙ্গু তিনখরে,
সেন্দাং ভেংগোন ফারক্লে। ঙাম্মু খারা চিম্পাকপী
লম-কাঙ, উবোক, উরা, উসাই, তিভিঙ, উথিংম্মু,
য়েন্নাও, কাংক্রক পুমম্নুনি উচেক ময়াম ফাওরক্লে।
উসাইনা ইশৈ হল্লে। উরিম্না খোম্বাংলক্লে।
সেন্দাং পাইন লেপখরে, কাংঙ শঙ্খু শঙ্খুনা
জয় ধনি তৌরক্লে। উথুমনা পুং মরু ওই,
কাক্রক্লা মনাও ওইরে। ময়াম অত্থু লাকপদা
ভৌরক উরেল শৈরম্মী। উমুনা মাবু হংলকই—
"উরেল্ নংদি চংলোইদ্রা?" —"ঐদি চৎপা য়াদরে,
নোম্বিনবা শৈতরে— মুপী রাঙ্গোন্ সং চংই।"
তৌরক্ উরেল শৈহৌরে। উচেক ময়াম কারকই।
মোইরাং খুল্লক য়ৌবদা— উরেংকোম্বৌ ইম্মুংদা

মত্তে মনাও খংনরে। উরেংকোম্বো অমোমনা
“কোয়বে কোয়বা কোয় কোয়য়ু।” লাবা হুনা শাওহুনা,
অমোমহুবু চৈরকই— “পুরগা থোক থোক পোক্ল
য়োক্ল য়োক্ল পোক্-থোক্ল।” খিনা চৈবে অমোম্বু।
তাইবং মীহু উচেক্কু মাগী মাগী তাল্লোইনা,
য়াম্মি ওয়রওারি। উয়েংকোম্বো চেক্লাদি
নিপা লুনা তৌনজে ঙাংনিংঙাই খর ঙাংজৈ।
নিপা সেবা ফজবী উরেং কোম্বো অমোম্বা,
“লেংউ লেংউ চংপিক্ক লৈপাক লাকএ” হায়হুনা;
চবৈ কীজোন পুথোক্লে। উরেং কোম্বো লাকদা—
কীঙৌ ফুরিং ওক্লেবী ফুরিং কীগা থাখরে।
রাসকোট অমুব'মা মখক্তুদা নমহুনা
লাক্লে জগোই য়েংববু, উচেক মখৈ সুখরে॥
খোয়ী, নোংথোম্ ঙাংলৌ, য়াওম্বু, চেংলৈ, ঙাংখ - কৈথেল্স্,
খুয়োন, ওকচিন অউন-কৈথেন মোইরাং কথেন মপন,
পুমতক্ তক্লা কায়খরে। মাগী মাগী মপোংতো
লোইনা হুন্দোক্লমম্মে। হৈয়োন, ঐলয়োন, কীয়োমকম,
অমা কাওবা লৈহৌদ্রে। মোইরাং কৈথেন শন মখৈ
চংলহুনা চাহৌরে। চাবা মখৈ চারগা
শন্য়াম্হুম্বু কারক্লে। হাম্বা হুম্বি খোংহুনা
থাংজিং লাইকোন তক্লে— কাওয়েন জাৎমু সুরক্লে॥
কথেন মাপন হাপংদ্রে। বাদা কাশ বাত্তোন্ লোম
উদা কাবা উতোল লোম্ লৈগা নোংগা তুখরে।
মুকথ্রবী মশা খম্নগুম উশা অমা হাংদ্রে।
মোইরাং চায়াম পোকপীদো মচা ময়াম পুরক্লে।
খর চংগে হায়হুনা মচা মরাম অহুগা;
অহাংশিংদো লিংশিন্ব্রো মচোয় মাংহু থাখয়ে॥

উম্মুং লম্বাই তোরোদো চৎনিংবদি থ্রো থ্রো থোং,
মশম্ম ঙুনা খোইবম্মা মাগী মাঙোন অহুদা;
কপই ও ও খোংহুনা। লৈকাই পাখং অমনা;
মাম্বু প্রপ্ প্রপ্ ফাওরকই জগোই য়েংগে হায়দুনা।
চাকচা তোকপা মতুংদা ওাচাক শাংগে তৌবদৈ,
ভুমথোকউবে পাখংদো— খোংথ্রে মাম্বু ঙসিদো।
উম্মুং লম্বাই অসিদা শক্তি লকা ওইবীনি,
তোম্মো মানা কপ্লহু উরে পাখং অহুনা—
"তোরো কম্নিনো নংনা কপ্লিবদে ইবেম্মা?"
হংউবদা— "তাদবু! লৈপাক কুম্মে তৌবসে;
ইমাম্নবা অপুম্বা চৎনৈ লোইনা খোখোৎপা।
ইফী ইম্বিক ইকোন্স, বাংতে করি অমতা।
ইশমসিনা তাদবু, হাইফেং খিত্তা তিঙঙদি
চৎচগদৌববুনে চৎক্রেদো মচন ঐদি।"
ওম্পোকপনি নিপাদো! "ইবুং হিদাক তাকপিগে,
ওথাক মখৈ তিংগনি, পুমতিং মক্তি হায়ঙমদে।"
পাখং মম্বা তাবদা তোরো খোম্নাংঙহুনা—
"ভাদৈবুংঙো কৈদৌগে! তাকপিম্মুবা ঐহাবপো;
হাইফেংতবু তিংল'দি ইশাসে ননাই ওঈগে।"—
"ফম্মেহুদি ইবেম্মা উরোক শম্বল মহিনে;
চুহিদগা য়াম্মরো। বংঙ ৈতর তৌরগা,
অকোনবদা নপ্শিম্নু।" তাকপিরম্মে তোম্মোদা।
তোরো পাম্না লাম্নকই। হায়বিবহু য়েংজরে।
নপ্শিম্নরে শম অদো হাইফেং তিংঙে, চুবাদা,
লুমাংদা শমহু নপ্লে। হম্নাওজরে তোম্মোদো।
মঙ্গী মম্নে'ন শেংতুনা চেঙখংলক্লে তোম্মোনা।
খিম্মুংগেগী হয়িংনে, নাবান্সৈন্দি রোমশীন্দে,

উয়ুং লরাই খুনকমগী হয়িং ময়াম ওনখরে।
হয়িং ময়াম অহুগা তোরো লাকপা অহুনা
য়োবে থাংজিং লায়কোন্দা তোরো কমকম থিমক্লে॥
কেগে মুক্ত্রাম হায়বহু চাওগা চাও শাংগা শাংবা,
খ্বাইগী তুংদা লেপ্পনা নিংদোন মখৈ হেঙ্গৎলি।
মুক্ত্রাম কপ্লাক অহুদা কাখৎলুরে তোরোনা।
মুক্ত্রাম মাদি খংদরি— মুক্ত্রাম লেংবান পায়হুনা
য়েংলে লেপাক তিম্বদো। মীগী কপ্লাক অহুদা—
নোকপগা খেবগা "কজরেদা কজরেদা"
তোরো পুম্নাং লাংগুক্লে। তোরোমতা অমনি।
হয়িং ময়াম অহুগা কপ্লাক্লিকা খনথিদে।
হন্না য়েংই মুক্ত্রাম্না— "কনানো হয়িং ইনবি"
হৈবে। তোরো মুক্ত্রামদা— "ইবুং মুক্ত্রাম শাওগন্নু।
ঐ পাম্ন তপচরকে" তোরো পাম্ন তপ্পুনা
লাল্লে, ইল্লে মুক্ত্রামদা। "ভালো তোরো তোংউ হাই।
পাম্ন তোয়না তপ্লকউ। কুমশিদা নত্তে তোরো;
কুম খুদিং ঐ' কপ্লাক্লে নংগীদমক খাক্লগে।"
মুক্ত্রাম তোরো য়ানরে। তোরো মবুক লৈতারে।
পাম্ন চখোন ইচাও চাও। লাওবগা খোংবগনা,
মাচন্দগী পাম্নগী মকুপ মকুপ চোংবমে,
মুক্ত্রাম মমাই অহুম্সু য়াওশংগুম্না ভাংখরে।
মুক্ত্রাম মরোন অমা পাম্ন চখোম শাইরকপনে,
পাম্ন মহি মকুপ্পা পুম-ভাং ওইনা ভাংখরে॥
আনহুদা য়েংবদা কুমৈ অমা ওইখ্রে।
ঙসি থাংজিং লাইমাংগী কুম্মৈ য়েংগে হায়হুনা,
লাইগী নখল কয়ানা থোক্লে মোংদোন খুদানে॥
জগোই শাত্রিইচহৃদা থোংলেন হোয়-বু লাওরক্লে।

পুং পুংজাও নাগনা শেম্নুং পুংগী জাৎতা মুথরে।
কংসি কর্ত্তান্ মন্দিলা বাগী বীনা তিনথরে।
যন্ত্র পুম্বা য়ৈবক্লে। সিগী খোঙ্গেন অতুনা,
সর্গ পাতাল য়োথরে। পৃথি লৈপাক লৈম-না
লেংলে কাইদ-কাইদ-না, অরাপ্পা অনকপা চিং,
থাংজিং চিংজাওগী চিংদোম অরাংবা লুকৃথরক্লে।
খুরুক ইরক্তা হৌবা উরি, উ রা পুন্নমক
মাগী মাগী মতোন্দো থাংজিং লাইরোমদা ভন্না,
ইলুক লুপ্পিন্নরক্লে। হরাই পোকপী কোচিনগী
মুংশিৎতুম্নু শিৎলক্লে। তোর্বুংলোমগী থুংভরে।
কাক্তাগীম্নু য়োরক্লে। খুমুজাম্বা মচিংজীন্,
লৈরি চাম্বা মকাইগী মাংলবম্নু হুন্মক্লে।
মুংশিৎ ময়াম তিন্নক্লে। শমজি থাইনা শিৎলক্লে।
পাথখিবা মুংশিৎনা লোক্তাক খোংশা থেংথরে।
লোক্তাক ইথক থুগাইবে। কায়রে কোঙ্গোম ইরৈদো।
মালং মাম্না য়ৈবনা চিং-মানগী শয়ি থেমজা
নমথরে লোইনা পুন্নম্। সতু নায়াৎ থাইথরে;
মালেম ভম্পাক লৈময়োন, পোরোম কাইথেং নমথরে॥
খম্বা থোইবী অনিনা লৈন জগোই শারকপা
হৌরকপদা চাওবনা অমিসিগী মরক্তা
চিংলে লয়ি অমতং। লৈম কাদা য়োনববু;
থোকউগনি সিদগী হেজিনগম্নু হায়রকই।
থোংলেন ভন্না মুথৎলি, "চাওবা! নথৌ লৈতে" হায়।
জগোয় অসি উবদা ভাবোক পুম্বা ভাওথরে।
মোইরাং থোংলেন অথৌবা থাংগী জগোই শাবক্লে।
থোংলেন হোইবু লাওবক্লে।—"হোয়্-হোয়্-হোয়্ হোয়্
হা-হা-হা,"

হেরিক্লে হয়া-আ-হে, সিবু থোইনা হরাওবা
লৈবনে-লৈবনে সে-সে-সে সম্নানসিদা।
সয়া শাগৎলো খম্বা! পারি'বুংঙো শাগৎলো।"
কোরৌ মুংখিল অহুদা মুমিং খা খল্লানমিচাক্
পুন্না থোক্লে ঙানখরে। অপাম মুংশি, অরাবা,
অকিবস্মু মুংঙাইবা, হংগোই তুজুং ইকাইবা,
অকন্‌বা অশোনবস্মু সৃষ্টি প্রলয় অমিগী
জগোয় সুনা শাখরে, খম্বা থোইবী অমিনা।
লাইগী জগোই শাখরে মীগী জগোই হৌরকই।
মী-লাই অনি তাবোকপু মুন্নে জগোই অসিদা।
শিব দুর্গা অনিনা ঙাওনা জগোই শাবনি।
থাংজিং লাইগী শুমাংদা উরে ঙসি মোইরাংদা॥
মোইরাং থোংলেন ঙাওখরে, থাংগী জগোই শারক্লে।
থোংলেন মাগী মমিত্তা কাওরে নিংথৌ মচাদো —।
মচাই মমৌ ওইনবু উরে থাংজিং সুমাংদা॥
জগোই তাপ্পা অহুদা—হোয় লাওবা তোকথোকখরে।
"ইচাগা ইমৌগ"—দা হায়না থোংলেন লাওরক্লে।
লৈমা নিংথৌ উরক্তে। খাম্নি চাওবা চংহুনা—
"হায়ন-হৌনদে ইতাও। থোংলেন তাদে থৌওইদে।
হায়দ হায়জিল্লুরগা, তৌরে, "থাংনা য়াল্লগে।"
থোংলেন মতৌ উবদা—মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"খাম্মুরস্মু নোংথোম্বা! থোংলেন মনিং তৌহল্লো।"
হায়দোকপিরে চাওবদা। লাওমিংবদা লাওহুনা
ঙাংনিংবদা ঙাংহুনা শাগৎলক্লে জগোইদো॥
থোংলেন মাবু কিবনা—মচাই জগোই শাবদা
য়াওদে হায়নি হায়বগী—অনান্ হাওস্নু শারক্লে —
"অনম্বা-তুংনা তুংনা রেচো, তিফারা তোংলে

চো থংপনা যুনো দাসো, সোসোনা নলে বমে ॥"
শক্লে ইশৈ অশিবু জগোই তুগা চানবা॥
নাঙ্কো হাওনু চোংথোক্লে জগোই লৈন শাবক্লে —
"চগ দিল্লে কন্দিল্লে কোর্কান লম্মুম তম্মুম কাই
ম-ঐ-বা চুংবা-ও-এ" হায়না ইশৈ শক্লক্লে।
খোবুং হাওগী মখৈনা—"ক-ঐ-ক-ঐ চম্বোংগৈ
চম্বোংগৈনা দ অং-গী দে অং গা মম্নু, নত্তে,
দেঙ্গী দেঙ্গা ত-না-আ, য়েংলে নতিঙ্গো কৈলা।"
ইশৈ অসি শক্তুনা শারে মাগী জগোইদো।।
লমগাং হাওগী মখৈনা—"তোই লৈমা বাকোলো ও
বাইলং-সেম্বি নুংশিনু নুংপি কপোরা—" হায়না
পুংগা সেমগা চানবা জগোই শানা শক্লক্লে॥
চিরু মখৈ তিন্নুনা—"নশম্ লাগে মুদিল্লে,
কোংকা লুলে পমাংপি উ-এ-নপন্ন ককা
তলা উ-এ শকখরে — জগোই লৈনা শাখরে ॥
কবুই লৈশাবী তরা পাখং তবা চোংথোক্লে।
জগোই শাম্নে শক্লকই— "তুনাপুই-বুই-য়া-অং-দায
পত্তেংবোগে গাল।" হায়না থাংজিং খোগন তৌবক্লে॥
হন্নুবী হন্নুবা মখৈ—মংলা থাবৈ ইশৈ -
"মৈলৌদায় কথৌ লান ওই ওই য়াংদাই কথৌ লাংদা'
তনয়োংলো য়োংলে'পা চংতুর য়োংলে য়োংলেলা,
থংকনা যুনো দাসো সোন্ সোম্না নলৈ'কমে।"
শকলে সিবু মথোইনা মিৎতা পিবু তামখৈ॥
কবো মখৈ চোংথোক্লে—নুপী কবোশিংতুনা—
"ইবুংথোই মঙ্গিথোই তজেংঙা থোংজাও লাল্লিঙৈ
লৈহাওগী মান্না থেল্লি ঐগী ইশম তাখরে
খিত্তা খুনবিয়ো॥" নিপা কাংবুতুনা খুমকই—

"নংগী অমে লৈ, নংগী আপা লৈ—ঐ ঐপিয়ো
নিপিয়ো, 'সিদি থোংজাও শিথেবাই ফজেংগা।"
লৈশাবীনা খুম্নকই-মোঙ্গি রেথেক তিম্বেক্ তিন,
লপব্যা মোইহু তেঙ্গাতোন্, কংশোইম্ন মোংবার মোহে,
তেতে তেনোম্বা সোহে। পাথংনা 'মুক খুম্নকই—
আকাসো পিয়াওমে হোতেঙেঙ তেম্বোং" শাখরে।
ওসি কৌবা কোরৌদা—থাংজিং লাইগী ওমাংদা,
লোক্তাক লাইজ ওইরক্লে। কেগে মোইরাং ফম্নাইবা
কম্ননবা ময়ামগী থাংপোক কোয়না শাবনা
ওইবে লোক্তাক থোংবানবু। প্রজা কোয়না ফম্বনা,
য়াম্বা চরৈ মচুনা শেংলক্ চারকপচুম্বা
চেকম্না কোন্দোন ওইরক্লে। থাদোই নাক্তা মমাশিং
ইবেম্মশিংনা লেপ্লকপা ইশিং তাবা থম্না ওই।
মনাই সেম্নু কৌবিনা চুমথাং পান্দোং ওইখরে।
খুমন মানা খেঙ্গোং ওই। মজাইবেম্মা থোইবীনা
খেঙ্গোং থক্কী থম্বাল ওই, জগোইসিবু শাখরে॥
মোইরাং নোংবান কোংয়ানবা অঙোপানবা মপান্নি,
কম্নক চাওবা ধারানি, জগোই অচু উবদা,
কম্নকপোইদি নুংঙাইবোই অঙাওবদি ওইখরে।
ইকাও কাওই হেক মম্ই মাগী ফম্ফম অচুদা
জগোই শারে মথম্তা হোগংলি ফমই মোংবান
মমং মহা ওইখরে। নোংবান্দো জ্ঞান্ মাংলক্লে॥
খম্বা থোইবী অনিদো জগোই শাবা য়াখিব্রে।
থোইবী কুন্দোর মাইন্‌গা খদাংচেৎ লৈত্তোন্‌চুগা,
খম্বা নিংথম মতোনগা ইম্নফীগী ফীজিন্‌গা
জগোই লৈন শাবদা য়েৎসিন্নরে অনিগী॥
মাইবী মাইবা চংচুনা থোক্কে তোবা ওমদরে।

কিশি কিশি কিরম্মে খুৎনা কিবানদোগুম।
মোইরাং নিংথৌ হোৌগৎলে হংগৎপদা মাইবনা ॥
থাংজিং লাইশং মমুংদা অনি অহু পুশিল্লে।
কীজোম হুমা হোংদোকলে। অনৌবা'মুক হোংখবে।
মতিক চাবা পাত্রদা কিশিরবা কীজোম্দো,
থম্মে লাইগী মমাংদা অমক জগোই শাখরে।
হোংদোক্কনা খম্বগা কিশি অহু থোক্লমই।
য়েংগে মাইবা মাইবীনা হংগৎখরে নিংথৌদা।
থোইবী খম্বা অনিদো থংনখবে লৈপাক্লা;
"লাইনা পোকপা মচাবা মুরা পাখং—লৈপুল্লা ॥
লৈপাক জগোই শাখরে চিংথুবন্থু নিংথৌস্থু —
কমদো হুমকুমাথোইস্থু লোইনা জগোই শাখরে ॥
কোরৌ মতাং ওইরক্লে। জগোই অহু লোইখবে।
অমাইবা অমাইবীনা সনা কোঞ্জন যাইচল্লে,
ইমোং সংদিং ককখরে কীরোইবু তানখরে ॥

---

ঙরুকত্তবা পন্দুপ।

# লমজেল

১

কালেন হুয়াওবা লোইরবা, লাংবন পানা লৈ লমজেল,
ওইরবদা হায় নোংমা—"খুমন ইবুংঙো নংদি
কারগনু হয়েংদি কেগে কংলা অসিবু ॥
কুমসি লমজেন সিগী বা লেপ্পরনি হয়েংদি।
খুমন নশক উরগা কাওরুবনু নিংশিংঙক ;
লমজেন চেন্নু হায়রগা মাই হায়সি হায়ভমদনা
য়াম্না বানি ইচেমদা। কেগে লমজেন হায়বসি
পিদোন পাদোম মচানা লমজা সরা নং ঐনা
যাওবা য়াবা নত্রেদো। কেগে লমজেন মত্রেদো
মোইরাং লাজেন্নবনি। খুমন নংদি খংঙরোই,
পম্বৌ'বুঙো লৈরিবৈ চেন্দি লমজেন অসিবু।
লমজেন্নদি থোইবদা চুগী থোইদনবা,
লাংগোই তোংবা করামা য়েৎলম্মিবা লমখাংদা,
ভন্মি রারম অপুম্বা হল্লক্লগা পল্লেমদা ॥
তাহৌই ইচেম্ বাহু; অহুম ঙাই হৌজিকনু।
খুমন কনা য়াংতুনা মোইরাং লৈপাক অসিদা,
চেন্বা যারোই ইবুংঙো। খুমন কারুবগনু"
হায়না খাম্মে মচেনা। "কাজররোই ইচেমহন"
হায়রে খুমন মহাকসু। খুমন মখুক অহুদি
"মোইরাং লমজেন অসিবু অমুক্তদি চেন্নিংই—
কয়ো তৌরিবসিদি চেনবা য়ারোইদৌরিব্রা ॥
নিপা কয়ানা য়েৎপা করম দৌনা চেনবদা—।"
খল্লি খুমন মচানা চেনিভিঙদো খম্বদো ॥
লমজেন হুম্নি লৈরিবৈ মুমদাং অসি ঙাংনরে।
নোংভালকপা নিনিদা অমুক অভনবত্থুদা,

মচেম হৌদ্রিভেদুদা ভন্তা হৌগৎখরগা,
কম্ন লেয়ে খম্বদো, মাংগোন দারি অদুদা।
খুমন মবুক অদুদা লমজেন থাখল তৌদুনা।
মচেম হৌগৎলবপদা উরে মাগী মতৌদো॥
খুমন চনু মচেম্না—"ইদুনিংথৌ ইবুংঙো—
নোংমাই কৈদৌরবগে ?" হংই খম্ন্ মুংশাথি॥
"কৈন্ন তৌদে ইচেম্মান ! অসুম্ থাখন অমতং,
ভৌরদুনা তৌবনি ঐনা খন্বদিসিম্ন।—
মোইরাং লমজেন অসিবু অমুক্তদি চেঞ্জগে,
ইচেম সেবা অসিদং ভমজববা যেংজগে।
নিংজদুনা লৈবদা, চেন্দবনা ফরদ্রা,
সুম্ খঞ্জবম্বা ঐম্না।" সুম্না খুমজৈ মচেমদা॥
লমজা মচেম খম্ন্না—"চেনিংইনি নহাক্তি,
ভরাং ইচেম হায়বদো কাওনু খুমন চেনগনু।
নমুম্ নকৈ পান্দুনা যুম্লেপ উরেপ কায়গা,
লাকনি কোন্না থোকপা ইচেম খল্লুখিগনু॥
যাওনিংউনু, ইবুংঙো ! খংউ ইচেম হায়বসি,
মোংয়াই কনা লৈভেদো॥" থামজরকই মচেম্না।
"ইচেম্মানবু চেম্নিংই—ঐনা চেনিংইবসি
ঐনা হায়জখিবদো ; অদুগা, ইম্না শকপী।
ইচেম মংগী সেবাদা খিৎতং নিংবা থুংগনি।
ঐনা মথোইরগনি হায়বগী ভাক্স্ নত্তে !
চেম্লবদি ইচেম্মান্—ইচেম থৌজান লৈরবা,
মীনা পাক্স্ থোইরোইদা ; ( খম্বা শেংনা হায়দোকই।)
সিবু তৌমু হায়রগা চেঞ্জরম্নোই তোক্লগে॥"
খুম্মি নোংয়াই মচেমদা॥ লাইরবিদি মচেম্না
থাম্বদুদা চেম্লমোই নিংঙে ভাহাক খম্বদো॥

খোয়ুম মাবু চংঙবোই চেন্নিংবনা খম্বদো
লৈবা ওমদে মত্তোমদা, মওন মওম খমখরে ॥
কোরৌ মতাং ওইবনা মোইরাং কংলা কানগ্রে ।
খুমন মানা—"ইচেম্মা চৎখোক খোংতোকপা তাঙ্গা
ফংলবদি অমত্তং কাবগেবু কংলাদো !"
খল্লে মবুক অচুদা । খুমন মাবু মচেম্মা
থাদোকতবে মতমদো লৈরে শুম্না শংথুনা ।
চিংউ মানা শিল্লবোই খুমন চনু মচেমদো
"হৃদু নিংথৌ লৈরম্মু ইচেম লেমলৈ অমতং
লৈক্কুগেকো কথেন্দা ।" হায়রদুনা খম্মুদো,
চংগ্রে খুদক-তুমক্কুদা ॥ নোংম্মাই মানা খল্লক্লে—
"চিংউ মানা কুবিরে চৎহৌবগে ।" হায়দুনা
চবৈ তম্না হোংদুনা কাখৎলক্লে কংলাদা ।
কংলা চোন্না তিন্বদা খম্বরকই লৈপাক্লা,
"হযেং লমজেন অসিবু কনা কনা চেনগনি
খুঞ্জা নোংবান পানবা কনা কনা লৈবগে ।
মশাও 'বুংঙো চরন্দা অনৌবা মী কবম্বা,
লমজেন চেন্গে কা হাযবা চংলকক্রবো ?"
হংনবকই অস্থম্না ॥ "কৈদগীনো লাক-লাক্তে,
হাম্না চেল্লম্ ফাওববু তোক্কে হায়না লাওনরে,
নোংবান হায়বা য়াম্বৃংগী পানা সিম্না কন্বনা ॥
চহি তবেংম্মুরেদো মানা থোইবকইবসি ।"
মুম্না নৈনৈ কংলাদা । নিংশিংনদে খম্ববু
নিংশিনবা যাবদা । নোংবান মাগী মগুম্না
হংম্না চাওনা লৈরম্বা হুমক্কনা কুপ্তুনা,
মীবু ওইম্না থম্নদে খংনা উনা খম্ববু ॥
তাহাক নৈনক্করগা, চাওবা, খম্বা নিংশিংই—

"খুমন ইচা লৈরিবা।" য়েংঙকপবু উদরে,
"খম্বা কাম্বক্তবোইরে করিরিনো ঙসিদে !
কৈয়োইজাম্বা হায়রিবা ঐগী ইচা অমিদি
কৈদৌবনি মাগুম্বা ইচা তরা পোক্তুনা।
ঐগুম্বগী ইচানা অসুক পংনা পোকপদি ;
বুদ্ধি অসুক লৈতবা, মী ওইরোই অঙাং অসি।
মসেন খম্বা অত্তুবু ঙরাং লহান হুদগী,
তানকৈনা মশুম্ব। হায়ত্রিমখৈ তৌদেদো॥"
শাওই মচা অদুবু চাওবা মবুক অত্তুদা॥
চাওবা চৈরাপ্ সুংদগী চিক্ক্ মাইত্তেংগে হায়না,
থোরকপগা চারুরে, খুমন লাক্তক লাকপদো,
চাওবা উরে মমাকপু। —"হায় হায়! মুংঙাইখরেদা!
খুমন 'বুংঙো মুংশিদা, পুবিরকপোই থাংজিংনা!"
হরাওজরে চাওবদো, খম্বা লাকপা ঙাইখরে।
খম্বা য়েরকপমক্তা। —"খুমন্ ইবুংঙো নোংয়াই ?"
"ইমান ইবুংঙো" হায়না খম্বা মকু খুয়মই।
"তাও! ইকু ৰাহায়গে;—চিংখু নহা তেইহ্লবা,
থরক ৰাইবু চিনখরে চহি তরেৎ সুরেদো!
পোবা মাগী পানানা। কুমসি লমজেন সিগীসু
মপা লৈত্রি নোংবানগী কম্দৌবগে নংবুমে ?"
হংই চাওবা মমাকপু॥ "চেনবগিদি ইমান্বু!
চেয়িংখরে লমজেন্সে, চেয়্যুরগা চোপকত্রা,
মাসি, ইমান ইবুংঙো! অসুম তৌজো হায়বমু
তাকপিরগা তৌজগে, মনাই ইচেয়দি 'পামদে
ইহুনিংখৌ চেনগনু লমজেন নত্তে মোইরাংগী
লাজেমবনি' তাকৃপি।" হায়জরে লমজা খম্বা।
চাওবনা লোয়া মনাই অমা থাজিনখিহনা

কৌথোকহল্লে চৈরাপ্তে তারি নামোইজাম্বগা,
চুঙাং থাবা মনাইগা, লোন্না কনা উহন্দে ॥
সমু মীকোক মরিসি লোন্না চিক্তক থোরক্লে।
চৎনি-চৎনা চাওবনা—"নামোইজাম্বা নংবু
লমজেন সিবু কুমশিবু চেনখিগদ্রা নহাকপো।"
নমোইজাম্বনা খুমই—"ননাই ঐদি অভম্ব!
য়াববদি তোক্লিংলে, পাংগল্, য়াম্না হল্লে।
তোকচম্বগে নিংজয়ে ॥" স্থম্না ঙাংনা-ঙাংমনা,
ঙাম্ব কথেন য়োবক্লে। চাওবা মমাক যেংহুনা—
খুমন ইবুংঙো নোংয়াই, পম্মৌ মপা লৈরিঙৈ,
চেন্নমইদো ইতাওনা। থোই কুমজা খুদিংগীনি।
নপা লৈখিদ্রবদা নোংবান কম্বৎলক্কনা,
খুম্বক ময়েং তাবক্লে। যুবরাজ পানাসি
ময়েংতাবা কুইবে। অমুক্তদি ফুক্কৎসি ॥
তাকপিবক্লে চাওবনা ॥ "ফনি ইমান ইবুংঙো
'কেগে মোইরাং লমজেন্সি লমজা মচা চেন্ফদে'
সিমতংদি কদায়নো!" খম্বা মান্না য়াঙ্গরে ॥
"কবি বানো ইবুংঙো! মোইরাং কনা হায়রবগে?
মংবু করি লমজানো' নংমুক খুকন্ পাঙ্গন্বা
কনা লৈরি মোইরাংদা, চাওবা ঐলৈ থোংলেন-লৈ,
চেন্ন কনা কিরুম্ন।" হায়বিরে খম্বা মাবু।
চুঙাংথাবা হায়বসি মোইরাং লৈবাক অসিদা
নোংবান মাগা হেন্নবা থোংকাপ অময়োমতনি।
খুমন লমজেন তম্বিয়ু চেন্নরকউ সিতান্না
চুঙাংথাবা মঙোন্দা খম্বা মাবু শিনরে।
নোংথোম্বা নামোই অনিনা কথেনচুদা লৈহৌরে।
খম্বা চুঙাংথাব'নি কুমথরক্লে কৈথেন্দগী।

থোইবাং সঙেন্‌বুং য়োয়ে। "খুমন ইবুংঙো নোংয়াই
মালিমগী হোয়সি, সোর স্তুম্না পুগসি,
নখোং স্তুম্না লেপকনি" তাকপিরক্লে খম্ববু।
চেঙ্গি খম্ব হায়বদা, খুমন মানা—"ওঝাবু,
ওঝা মাং থাবিবু ঐ ভুংওইননা ওঝাগী
খোংথাং ইহুন্‌ য়েংঙগে চপ্‌ মান্নবা চেন্নগা,
উৱরোই নাকচেং ওইরগা" হায়জরক্লে খম্বা
খোংকাপ অমা অন্দাজ্‌না চুঙাংথাবা লেপখ্রে।
খুমন ভুংদা থংহোরে। পিয়া হায়না থারক্লে।
চুঙাংথাবা ওঝানা লৌ পরি অমরোম চেনখ্রে।
মহা য়েংবদা খম্বা, অহুম লৈরি থারক্লি।
খম্বা মাগী পুক্লিংহু চুঙাং থাবা উখ্রে।
পিয়গে হায়না মাহু খোংথাং অহু হাপখ্রে।
পরি অমা হেনগ্রগা খম্বা মাহু হোয়রক্লে।
খুমন মানা ওঝাদো খোংকাপ হেঙ্গিল্লক্‌না
চুঙাং থাবা লৈহোরে। ভাব্ব কথেন য়োখ্রে।
চুঙাং থাবা থংবদা পোখায়গ্রে খম্বদি॥
স্তুম্বা তৌই হায়বহু ভাবে য়ানি হায়নরে।
খুমন মাবু চাওবনা—"খুমন ইবুংঙো নোংয়াই,
ইমুং লমজেল পাম্বরা? চাকচ-মাংনা পাম্বরা?
নিংথৌখোংদৈ চেনগেরা? ক্‌বালাদৈ ভোগেরা?
চোথে-পুংদৈ কমদৌই? পোশংবমদৈ কমদৌই?"
হংবিখ্রে খম্বদা। খুমন মানা "ইমান্‌বু
অতৈ অসি চেম্লিংদৈ য়ারবদি কাক্তাগী
লমজেন অহু চেঙগে" হায়জরকই চাওবদা।
"নোংয়াই করি নিংহুনা কাক্তাদবু চেন'গগে?"
হংবিবদা চাওবনা।—"ইমান ইবুংঙো সোমদা,

চেঙ্গরগা ঐসিনা, ইপাগী লমজেন খুবম
নিংজৈ উজগদবোই, হুনা চেঙ্গনিংবনি।"
খুমজখরে খম্বনা। পেনবিখরে, চাওবদো।
কেগে চৈরাপ চংলক্লে চাওবা লৌশিং ভৌহুনা
কৌথোকউরে ময়ামদো কাংজেরোই ছুমক্‌ মরি।
মোংবান মাবু য়াওহন্দে। নিংথৌ খুরুম্জরে।
"খম্বা চেনবা তারেদনা?" হংবিখরে মপুনা।
"চেনবা তারে" হংগৎলে। খম্বা লাকোক্‌ হাপ্নীরে।
খুরুমজরে খম্বনা—"নিঙাই পিয়াই ভৌনমু
খম্বা মঙ্গোল ওইজোকো।" মপু' বোর পিবিরে।
"মপা চাবা থোরক্লে কুম্বালাদি নকমল্লি,
ক্যক্কা রোনদা চেঙ্গগে হাযনা নিরি ইনিংথৌ।"
চাওবা তম্না হংগংলে। "য়াম্না করে চেহুলক্লো।"
অতুমহু লোথোক্লে। ময়াম অতু ভকখবে।
"নহোয় কম্না হায়ররে"--"হায়দে কম্না খংবগে।"
ভাংনৈ কাংজেরোই মখৈ। ভাংনরকপা উবদা—
'ইপু চাওবা করিনো ময়াম হায়নরিববো?"
হংবিরকই মপুনা। "করি নক্তে ইনিংথৌ,
মনিংথুংলে হায়হুনা ময়াম হুরাওজবনি।"
কৈনা পুখি চাওবনা মনিং মমাং ওন্ননা,
ভনদে মোইরাং কনানা মচিন থোকপা অমতা।
ময়াম অতু পুতুনা কেগে চৈরাপ চংলক্লে।
চিংখুবদা চাওবনা "লমজেনগী মী থিক্লববু
ফংলে মনাও ইবুংঙো।" হংগৎলরে খুনমক।
"ইপু নোংথোন কনানো?" 'অক্লা নমাই খম্বনি।"
"ঘুংঙাইবেদা নোংথোম্বা! মত্তিক চাইদা অঙাংদো,
ঐগী পানা অসিনা হম্বুম্বিবা কুমজাসি

য়াম্লে চহি তরেৎনি। হান্দক লমজেন থোইরবা
পানা মমাই পাক্লবা মনা চাওনা পিগেকো।
ইপু! ইমাই পাকহল্লু।" হায়বিরক্লে যুব্রাজ।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা—লুদগীদি ঙানপ-লু,
খাওদগীনা ঙবোং-খাও। তাঙ্গা ফংলকপহুদা
"মতম কুইরে ইবুংঙো! চুমই, মাইসি খুরেদা,
হান্দক লমজেন থোইরবা, নুংঙাইজগে ইপুনা,
মনা পোৎশক অসিদি থংনিংঙেদা ইপুদে।"
লৌশিল্লকই চাওবনা। চিংখু উরা নহাদো
মীনা লাকচ খোংচবা য়াজদবা নিপানি।
পায়ম লিংজেন খাবনা নুংবু খুতুম চনবনা—
"ইপু চাওবা হান্দকপু লমজেন থোইরবা,
ইমোম ইজা ইবেম্মা পিগে ইপু মনাদি।"
হায়রে চিংখু নহানা। চাওবা নুংঙাই ইন্দ্রিদা॥
শারিঙৈদা য়েহোগে, নিংলহুনা চাওবনা—
"পিগদবা ইবুংঙো?" "সৈত্ত ইপু! পিগনি,
থাংজিং শাখী ওইসমু থোইদবু থোইরবা,
ইমোম ইবেম্মা পিনি।" যুবরাজ বাশক্লে।
"ননাই খম্বা লমজাবু লাকোক তুম্মু হাপ্লিরে,
নয়াম্বুংনা হুজিক্ত—খম্বা লাও খুরমজরো।"
কৌসিন্দুনা চাওবনা, যুবরাজ খুরম্মে।
"খুমন ইবুংঙো খম্বা মঙ্গোল ওইয়ু থোইজোকো।"
মপু বোর পিবিরে। নুংঙাইজরে চাওবদো
কেগে লৈপাক অপুম্বা চাইথ য়াকয়রক্লে।
খুমন মাম্মু থুংথরে লাইরখাংপোক শংতুনা,
লাইরবীদি মচেমগী সমু নাক্তা চংথরে॥
"খুমন ইংখুঙো নংদি কৈদা চংলুই তোম্পোক ও!"

হংবিরম্মি মচেম্না। "পলেম সেম্বী ইচেম্মান!
বারৌবিম্নু, চৎলুরে চৎশিংদুনা ঐহাক্তি,
ওসি মোইরাং নিংথৌনা কেগে লাকোক হাম্নীবে।"
তম্মে খম্বা মচেমদা। লমজা খম্ব্ লাইরবী,
খইৰ মৰা তাবদা কোকচাওবীদুম কাখরে।
"ইদুনিংথৌ নহাক্তি ওম্মোকপনি ইবুংঙো!
নচেম ঐন: হাযবনু হেক্তোকইদা নহাক্তে;
কেগে লমজেন নত্তেকো মোইরাং লাম্ভেম্নবনি
হায়রগনে ইচেম্না। লমজেন সিদা নংগুবা
মোইরাং অমা শিবদি কেগে লোক্তাক দুদগী
থবোই অমা কাযগুপা! থুমন নংদি পংইদ॥"
খম্ব্ সোঁঙ্গ অম্ময়া মৌপুৰাগী ৰাবনা॥
"শাওবিরম্নু ইচেম্মান, চেম্নিংদুনা তৌকরে"
হায়না থুমজৈ মচেমদা।—ফবে অদু মঙাইরে,
হায়নজবে। খম্ব্না মৌপুৰাগী দমকতা
পলেম পম্মৌ লৈরিঙৈ পম্মৌ লমজেন চেনবদা—
খুমন পোকপা থুরম্বা পুজা মুংজা তৌজবা
তৌবে নিয়ম অদুবু খম্বা মঙোন ওইনবা।
অমরোমদা চিংখুবা চৈরাপ্তগী সংগাইদা
খুংউবগা কৌথোকই মজাইবেম্মা থোইবীনে,
মাগী তালোই মাপনম্নু। তম্মি কংলা পাও অদু।
মুংঙাইনবে হরাওরে। "হান্দক লমজেন অসিদি,
যেংজগনি ঐখোইম্নু"—"য়েংউ য়েংউ খোৎখোৎপা"
হায়নৈ তম্পাক যুমদুদা চিংখুবগী ইমুংদো।
থোইবী মাদি চংখবে মুরা নিংঙোন কাদুনা।
মমা মাপন অদুদা চিংখুবনা হায়রকই —
"নেগে চৈরাপ অদুদা হাযদোউবে ঐহাক্না,

হয়েং লমজেন অসিবু খম্বা মানা থোইববা,
পানা নাইগী নাইথক্কা মমা লৌগী লৌথক্তা
পিগে ইখোম থোইবীবু করি থোকই' মমাশা ?"
হায়রম অসি ভাবদা মমা ময়াম অহুনা—
"য়াম্না ফরে, মতিক চাই। সনা পূক্লিং অতুমক
য়াম্না পেন্থে তৌবিবু 'থোইবা পাম্বমক থোক্লে।"
য়ারে মমা মখৈশু হয়াওনয়ে লোইনবা॥
ভাংনরিবা হাকমসি তারে নিংঙোন কাহুদা
সেম্মু থোইবী অনিদো। হয়াওখয়ে 'নিহুম্মু॥
চাবা থকপা লোইখয়ে ইমুং মতম ওইবনা
তুম্মখয়ে ময়ামদো॥ ভানে মপু মনাইদো—
"ভমুম সেম্মু অচানবী লাইরসংদা য়োক্লসি।
হয়েং লমজেন চেনবদা করি চবৈ শেৎকনি ?
মতিক চাবা চবৈদো থিববিরুসি এখোইনি।
চান থরু খরগা সেম্মু থিরু পুজেমসি।"
হায়না মজা ইবেম্মা য়ুগা অমা পুথোক্লে।
চান থরু থিকয়ে। মমা তরামাথোইগী
চংলয়ে কা খুদিংদা করি মতা কংদয়ে॥
লৌগী হাথোকপগীনি ভরাং অহু মপাদা
পাৎপান ভাবা পৎত্রোনা কৎলবনি ঙক্রাজো।
নিংথিজগ্রে ফজয়ে শা-বু চম্মা চাত্নদৌই।
করাং লাইকুম অহুদা সুবিদার ওইহনা
লৈরক্লবা লেপ্লেম্মি মতম কুইনা লোক্তাক্তা।
পৎত্রো মাগী ভাইজেপ্তা কারক্লবা ঙক্রানি॥
য়েংবদা মুংঙাইরহনা চাথোক্তয়ে ভাহুবু,
থম্মি থরুং অমদা নিংথিজনা য়োক্তুনা।
সেম্মু মানা পেংংয়ে মনিং চাখুম কাহুদা॥

অতৈ থোইনা লৈতরে মাসি পুগে হায়রুনা,
ফাগে ভৌবু সেন্নুনা ঙাহু ফাবা ঙমদরে।
ঙাহুনা হাইবতুদা সেনু মাগী মশাই ক্যাও,
পুমচোৎ চোংলে ঈশিংনা, মবেন্দা চায়রুরে।
থাদোই মানা ঙাহুবু অহুক ফাগে হোৎনরে।
হুন্নু ফাবা ঙমদরে পুমচোৎ চোংলে ঈশিংনা॥
ঙায়োক চফু খরুংদো চাকশং মথাং অহুদা
থাংদোরক্লে অনিনা ঈশিং অহু হৈদোক্লে।
ঙক্রা অহু চোংথোক্লে মালেম লৈমাই থক্তুদা,
ইফং কংল ফাওবদা ঙাহু ফাবা ঙমদরে।
হিংনা পুগে নিংবদা য়াম্না খুদোং চাদরে।
"কন্নো সেনু কম্দৌনি হিংনা পুনিংখরেদা—
কান্নরবোই ইতাম্নোই নংগী ইন্নফীহুনা
কুপ্‌ও দুগা ফারসি।" হায়রে মজাইবেম্মা।
সেনু চরৈ নমথাং লৌথোক্‌না কুপচরে।
চরৈ অকংবহুনা য়েংলহুমা ফাজরে।
ঙাগা ফিগা পুহুনা লেংথরক্লে থোইবীনা
নথংলেনগী মকায়দা লাইর থাংপোকশংহুদা॥
কোয়ৌ অহিং অহুগী প্রকৃতিগী মাইথোংদো—
কেগে থারি লমজাওনা মালেম উজুম থাংদব,
সংত্রিক সংবা উশিংনা মরাক অমা চায়দে,
পামেম মনা অমা ক্যাও। পাক্তক সেন্তক লম্পাক্লা
মাপী লেং লেং চৎলম্মি। থাপ্ত থাপ্প লমদয়া
মাইথোং ভম্না উরকই। মুনা থাংজিং চিংজাওনা
কেগে লৈথৈ ওইবনে। কেগে লৌরক ইরাওথোন,
মোইরাং থারি ইচুম্‌থোন্‌ লি-রি লাওবা খোঙ্গেরে,
ইমুং ইচিক ভেংবাং চা, বাহি হায়ৌ খোঙ্গেরে'

লোক্তাক ইমায় চোমবদা ইন্নুং চেক্লা চাশিংনা
অহিং চাক্তা খোন্নুনে। কেগে পাখং কনানা,
চৎলুবগী হন্নকপা মুরা লোঙ্গা কাদগী,
খোংলকপগি নিংথিবা ইন্নুং বাঙ্গী খোঞ্জেন্নে।
থাদোই সেন্নু নাকোংদা পুন্না থুংই ময়ামদো।
নোংদোন শৈচিন থাংদবা ঙ্গরা মুবা মালংদা—
থবানন্নিচাক্ ইলং লং, সরৎ থাগী থাজিন্না
লাংবন্ মাপন্নি পানবা ইন্নুং মোংয়াই চবুক্তা,
নোংচুপ থংবা চিংদোন্দা থাজ মানা ভাল্লকই।
সংনা মুবা পামেল-লক উনা থক্তা লিক্লানা,
থাজ মঙান অতুগা তকুপ তরেং হাইবনে।
কাক্তরোমগী মালংবা, খংগোন লোইরোয়
খোংদাবনে খোইবীদো। মুরা পুক্লিং হুথরে
মোইরাং থুল্লক অতুগী প্রকৃতিগী মায়থোংনা॥
ইন্নুং লাম্মে খাম্বীনা ময়া মৈবুন চিক্তুনা
অহিং মপাম কুম্বনি—নিংথিজেদা মাইথোংদো,
সরৎ থাজ মামন্নু নুরা মাইথোং উবদা,
ইকাইজরে লোৎনিঙিঙ, অমুকন্না থোক্লিংরে॥
থাদোই মপু মনাইনা চেংগৈ পন্দোম য়ৌবদা,—
চিংন্নুং তান্না নায়েখোম, চীকপা চিংগী লোকমাইদা,
লমদম্ তাম্বা মাইকৈদা ভান্না ভান্না খোংবক্তন্
ভান্না মানবী থাদোইগী নিংথিজবী খোমফন্না,
ইন্নুং ইচিক তাম্বদা কৌজরকই খম্ববু
“লম্লান কাইগী খোয়রোয়দি লোয়ুম্বা পাম্মু নংবু
মীচা পোক্তি মুংশিবা! চেংগৈ পাংতা পাইব-খোই,
ভাঙৌ পাংতা চাক্তাবা, চিংজাও খোইমু শৈপাম্বা,
তম্ব মুহি খাংনোব, কোয়ৌ চুপ্পা পাইক্লবা,

ইপল সন্না কোন্নুংদা মোইরাং চৈরাপ কারবা,
কংজিরোই লৈরাং লৈহী ! তোরিরিনি রাজ্রনা
থোইবা শাগন চোক্ত্রবা । কেগে মোইরাং লমদমদা,
বাঙোন ভম্পাক ভাববা লৈ—মচন্ ননেম্ মচাদি,
পাপ্ পু চেনবী থাদোইনা, লাম্মরিনি খন্দুনা
পুজরক্লে ইবুংঙো লৈরাং লৈহি থম্বব্ ॥
থোয়েন ভুমথুরবগা মিংয়েং সনা রাকৈরো,
লৈরাং ওইবী ননাওবু থোইমু মায়োক্লবিয়ু ।
লৈরাং মাইথোং য়েংলগা থোইমু পুক্লিং পেনবিয়ু ॥"
হায়রকপা তাঙ্গাসি খম্ব মাদি ভুমদরি,
মোপুবাগী বাবনা লমজা রাখন্ খন্বদা ॥
নোংয়াই মাদি ভুম্ময়ে । "কোন্নুং চাওবী থাদোইগী
মুরা মখোন মাল্লিদা ।" খল্লি মচিন মোপুবা ॥
মভমতুনা থেংবনা খঙ্গাননা লৈবকই ।
"থুমন চম্নু ইনমা ! নোংয়াই চম্নু ইনিংলোন ।"
কৌবিরয়ে খম্ববু মাঙোন লাংদা চংলক্লে ।
থাদোই মখোন তাবদা মিংগৌহনা লাইববী,
মীহন পুম্বা শাখয়ে, মতম্নগা থেংবগা ।
খম্ব থোরক্ত্রবা থোংজি নাতৈ কাংজয়ে ।
থুমন মাম্নু মিংপাংলে ॥ মপু মনাই সেন্নুগা,
হরাও হরাও চংলক্কে, খম্বা মাম্নু ভকথয়ে ॥
খম্ব ফীদা থাবদা কমদে থাদোই থৌরাংনা—
"হযেং লমজেন্নি হায়বু চুম্বরনে ইনমা !"—
"মাংঙে মাংঙে ইবেম্মা ! লমজা দোব ওইরনি ।
ননাই খম্ব ঐহাকপু হায়া কৌবিবগুম্বা—
'থুমন চম্নু লাইরবী নোংরাই চম্নু ইভারোই'
হায়বিহুনে কম্নিনো ! ঙসি ঙিংগৌ অমবু,

পিথিবসে ঐঙোন্দা, চিঙ্খা পল্লম্ লাকখি।"
হায়জরকই খম্বনা। থাদোই মানা—"করিগী ?—
সেম্নু! ফান্নিম্মাক্লেনে।"—"ননাই ঐদি তাঙজন্নি।"
খুমই খম্ব্ অমুক্তা।—"ঙসি কংলা তিনবন্না,
য়ারে য়ারে ইনমা! 'খুমন লমজেন থোইবদা,
ইমোম থোইবী পিগনি।' লোক্নিনরেনে ইনমা!
ঐবু পোকপা পম্মৌনে ইপু ফেংলৈ লাকপনে!
কুম্মকপগা পাবুংনা ইমাখোইগা তানরে।
ইমাখোইস্থু হয়াওরে, পাবুংনস্থু য়ারেদো।
ইনমা য়ানিংজ্রনে—য়ানিংজ্রগা তোকপিয়ু।
ঐদি লাকচরবনি—সিস্থু তোকও ইনমা!
ইনমখোই খুমনগা ঐখোই নিংখেঁজাগদি,
ইচন্ ইনিং খোকইদো নুপী নুপী মশেন্দি।
নুপী মিপা য়োম্নবু মতৈ মথাও থোক্নবে ?"
হংজিনবিরে খম্বদা। "ইবেম্মদি করম্বা
খংউরিবা অদুদে ?"—"হাইমা। করি খংদনি।
খুয়োম লাকপা পাঞ্জিদা চংলুইদনা ঐহাক্না।"
"করি থবকী লেংউই ?"—"পক্ক রাইনা য়েংউই ঐ।"
হায়জিনবিরে থোইবীনা। "ইবোতোম্বি ?" খাদোইনা
হংঙকপদা খম্বনা খুমন মাবু হোদোকই।
খম্বা লোইনা ইতা-তাই খঙ্ সিন্নদে খংশিন্নে।
"ইচেম্মবু" হায়হুনা খম্বা ইফিং ফিংসিন্নে॥
নোংগাংখোং লমদম্দগী থরী থক্ক থোন্ফবা,
হুইজম্বিকী হুইনিংনাং নিংনাং শাথবা থোম্বোম্লোক,
হাম্বি মানবা থোম্মোবা খুমন মাম্না—,'ইবেম্মা।
মপু ননাই লাকইব্রা!" কৌই থাদোই হুয়াবু।
"লাকচরিদো ইবুংঙো! হয়েংসিবু কাক্কাদা,

লময়েন ককা হায়রবু—'থোইনা তাবু চৎরা ?" —
"চৎমি মজাইবেম্মা ॥"—"লময়েনবু য়াংখিত্রবে ?"—
"খংদেদো মজাইবেম্মা ! লাইনা ওন্না হায়'ত্নি ।"
ঙুম্না নৈরাং থোইবুগুম, মিংনা য়েংনা পোন্নবি ।
কাউবী শিংনাং ওইনা উই মহুং খুম চুপ্পা
তাহাক পাওত্ম জুগাইন রাকনা শুপ্পা ভারনরে ।
থৈবতুনা থাদোইনা—"চরৈ থোইদাং লংগৌদি
খুদোং চারোই ফজরোই । করি চরৈ থোক্তনি ?"
হংজররে খম্বদা । "কমদি ত্তৌনি ইবেম্মা !
মীগী চরৈ অকবা পাম্মি পাম্ফরবরা ?
ঐগী ঐগী অবৈবা সিন্না শেংপা হায়ত্নি ।"
খম্বে মবা তাবদা—"চরৈ মুগা অভাংবা
খেবো অমা পুরকই, সিবু মুক্তা য়েংবিয়ু ।"
হায়না থোইবী সেন্দুদে, চরৈ অতু লৌতুনা
পিবে খম্বুই মথুক্তা লৌই মুগা ৈফজোমতু ।—
"যায়া করে ইবেম্মা । চরৈ সিমক লময়েন্দা,
শেংনরিবমক্নিদো ।" তৌজে হয়াত হরাওনা ॥
থাদোই মামা—"ইনমা য়ারদরা ফিসিবো ?"
"যাম্মা করে ইবেম্মা ।"— "চারদরা য়েংবিয়ু
পকপু পকচগদরা অমুক্তদি য়েংসিবা ?"—
"ফরগনি ইবেম্মা ।"—"য়েংবিথোদ্দা ইনমা,
পকওইদোঙম্ তৌরগা অমা লৌহন্নুসিনে ?" —
থাদোই মবুক উবদা খুমন মানা —"ইবেম্মা !
পকপ পক্তা খিবিনু ইশক লাইনা শাবনি ।
কীসি য়াম্না ফজরে । অমুক হৌংবিকরমু,
সিনা মপামজখরে ।" হায়রকই থাদোইদা ।
"ঐনা পামই কায়দনা য়াদে চরৈ হায়বসে,

অপক পক্ত হায়ব'মা লৈরি ঙাইখো ইবুংঙো।
হায়া'বুক্তা থোম্‌ বিখো।" থাদোই মানা য়াদবে।
খম্বা মাম্ব য়াদবে—অনি মতৌ অম্বুদা,
"সেম্ব সেম্বইবুংঙো!" তাকপিবক্নে মচেনা।
"হুদি কদায় ইচেক্কন—" শেৎলে য়েংলে চরৈহু।
খুমন মানা শেৎপদা চপ চাবে পকচবে।
থোইবী য়েংবা ঙমজ্জব্রে। "য়েংউ-নহাই অঙাওবী!
পকচবাইহুরা সেম্ব?" হংই মনাই মুপীদা।
"অপকপদগী হেনগ্রে অশোবদা তাগ্রে.
ফজবেনা ইবেম্মা।" হায়নৈ শুম্মা মুংঙাইনৈ।
ওম্বোকপনি সেম্বুদো! অসাই ঙক্রো ঙামদ্দো,
লৌথোকতরি হৌজিক ফাও। মাগী ইমফীহুনা
মরৈ মরৈ য়েত্তুনা কোল্লি চেক্কেৎ সেগাদা।
মজাইবেম্মা থোইবীদো! হরাওবোই মুংঙাইবোইনা
লাইরথাংগোক সংহুদা ইলাং লাংই—ইনমা।
হয়েং চৎলম্‌ দায়দবু কবি কবি তৌদগে?
লাইদা কবি কৎকনি? সেম্ব অসাগী ঙাহুদে?
হুবাইহুনা কদায়নো? সগোল হবাই কৌয়াইনে।
হৌনৈ হায়দো ইনমা! হবাই অসি চায়গা
সগোমদৌ য়াংঙ্যাইদো। মসি থোংসি ইনমা!
সেম্ব ঙাদি কদায়নো?" হায়বে, সেম্ব ওক্রোদো,
ইমফীহু' য়োমহুনা থম্মে মুক্সা লাইরুদা॥
ঙাহুন চাওরিবনে। পুবকইবা মতানে,
য়োম্মকইবা ফীহুনে মপু মনাই মতৌনে।
পংনোক্‌ মোকত্র মরিদো। খম্বনা—"মজাইবেম্মা!
কদায়দৈ ঙানো সিদে? ওম্বোক্সম্ব চাওরেবা?".
"ইনমা! পাপান তাবা পত্রননে কৎলেদো,

মাগী লৌশি ৱাখোকই তুগী পাবুং চোৱন্দা ॥
ঙরাংনম্বু তাদেদো হাল্লা খোৱাং তৌহৌদ্রে ।
চাওই কঙ্গে হায়রুনা য়েংনৈ থম্মি য়োক্ননা ।
কোয়না ঐখোই' থিবদা নিংথি মুংঙাইবা 'মতা
ফংত্রবুনা অরৈবা ঙাসি পুয়রুবনি ।''
খোকই খোইবী খুম্মকই । "থিরক ওইত্রা ঙাসিদে ?"
খুমন মানা হংঙকই । "থিজনম্বু কৈদৌনি,
অপোকপদা কৎথরে হায়দোকনি সিগুম্বু ।"
খোইবী লাইনা খুমদোকই । নোকই মরিদো মুংঙাই ।
ঙাক্রা অহু লাইরুন্দা গেগে খোংই হাই, চৎলি ।
"মাসি খোংউ ইনমা ।" লাংথরেদা খোইবীদো ।
ইমুং অহু মহাক্না পাল্লবগী মতানি ।
কোয়ৌ মতাং অহুনা থেংজিন্নরুবহুনা,
"থেংঙে মজা ইবেম্মা লেংনবদি তৌরসি''
হায়নজরে, চৎথরে । ভম্পাক মুমগী নাকন্ কাও,
ইমুং মমৈ অহুদা খবা মানা থিল্লুরে ॥

২

কোবৌ সিগী কংলাদৈ নোংবান মানা খল্লক—
"পাপী লমজা লাইবক কৈ । মাগী হাক্তক অনিদা,
খোকই ওম্মোকপ ঙাক্তা । কদায় ! কয়া লাপত্রা,
অশোনবা নিপা অমনা নোংমা লম্বী ওইরিবা,
কাক্তাদগী চেনবকো । ফুবালাদৈ চেনবদা
ইখেং তানৈ অহুগা কাক্তাদগী চেন্নুবা ।—
ফবে কন্নি বেয়ালে । নোংবান পাক্কন হন্দবি ।
কাক্তা সিদি লকমল্লি থাংজিং চীংগী বাংমদৈ,
চেনগে কন্নি থবক লৈ, ঐদি কন্নি ভমদনি !

চেংগং চাবা মাঙুম্বা পেরক্কুনা চউম্বা
মানা করি হেন্দুনা। অহুংগম্ব চিংখুবা,
বুদ্ধি খেনবা অপংবা খুম্নবা মানা থোইরগা
মচা পিনি হায়দুনা বাণক লাকুশক্ তৌশাইয়ে।
মানা মাহু হায়বা কান্ ঐ করম্না লৈতবা
তাহৌদবৈ করানি তারম্বশিং থোক্লদি
কুম্মে তৌরমগদনি খংগনিদৌ হয়েংদি॥"
নোংবান মানা অহিংহু মিপা কুন্থ্রা চাকখাংলে।
তরেৎ সেনবু য়েনখরে বাক্তুন তন্তৌ তৌদুনা।
চাক্ চাবা লোইবদা মরাংমদুনা হংলকই—
"সেলুংবা করি চাক্লো ঙসিগী সি ঐথোইবু,
চাদু পংচা চাশিল্লে লুপা পৈশা দথিনা
সিদৈ কেন্না চাওনিংঙাই লৈতরেদো সেলুংবা!
তাকপিবোনে ঐথোইবো॥" অঙোম নোংবান অপাম্ব—
"য়াম্বশিংবু য়োকপিয়ু য়োকপিবগী য়োকপিবা।
চহি তরেৎ থোইজরে কেগে লমজেন অসিবু।
মহৌশাদি কুবালা লমদমদগী চেন্নিদো,
সিদা থোইখরবম্ব নোংবান মুংঙাইগদনি।
হয়েং কাক্তা অসিদি ইমৌ মৌবা লম্বীনি।
কুমশি ঐনা থোইখংগা মোংবৈ থোইখরবম্ব
নোংবান থোইনা চোপ্লোইদো। চোপ্পা তারে ঐহাক্তি।
খম্বা মাদি হান্দক ঐবু থোইনমখদা
মবাই মকু অনিগা তানদুনা শিনখনি।
হয়েং লমজেন অসিদা থোংনা নিপা তংখাইমা
তরা মঙানা থোংনা খম্বা মাবু য়েংশিন্নু॥
তাকংবদা খম্ববু লেংবা য়াদনবা
লিচৈ কারন কুবিয়ু। হয়েং লমজেন থোইজগে।"

ওক্তা কীবু য়েংভূনা নিপা কুম্নু। অম্নুদা
খুরয়ে মীপুম তিংনা। ময়াম খুদু মম খরে॥
"হায়না চাত্রিবৈগুদা অত্রুক খংলয়গদি
চাজরম্মোইদনিকো ওস্পোকপনি ঐগোইদি।"
খন্নখরে ময়ামদো। খনয়া মখৈ খন্নরে—
মখৈগুদা—"কমদৌনি মীগী মপোৎ চাক্নরে,
ইপা ওইরে ওইরেদো ইনাও ওইরে ছুমভাই॥
নোংবান মনিং খুংনবা ভৌরমিদি।" লেপ্লরে॥
"অম্নুক চৎপা মীউনি, হৌজিক মকম্নু ওম্মিম্নি।
হোরেন্ ইম্নুং খেংবদা কুমথবিরো।" হায়খরে।
মখুৎ খুংলাই পাইদুনা নিপা অয়া মঙা'মা
লঙ্গোই তোংবা তংখাই'মা অনি খোক্না ভাইখরে॥
খুম্নক মনিন্ খোক্লক্লে খুম্না মরাং হৌখয়ে।
"লমজেন য়েংসি" হায়বনা কেগে পুম্নাং লাংখরে॥
"খোংলেন, চাওবা, অনিনে ফৈরাইজাম্বা মবাইনে,
খম্বা মাগী মীসিদি লৈপাক ওম্না ভাক্লনি।
পম্নেম পম্হৌ অনিদা বাথলি হায়বা মঙাইদুদো॥
অঙোম শাগৈ চাক্নবনি মরল লৈরো নোংবান্নি।
ওসি কাক্না লমজেন্না খংদে কাক্না লাজেল্লো!
কুমৈ য়েংসি ওসিদি।" হায়না হৌরে খোইরাংদো॥
কানগী পুঙ্গোই মতাংনা লমজেঙ্গোইবু থিন্নরে।
খুমন ময়ুম অতুম্না মাগী মঙ্গোল তৌখয়ে।
ফেরোইজাম্বা মবাইদো চান্না থকপা লোইখরে।
মপায লাঙ্গোয় খান-শাদো মবোং হাপকে তিংথোক্লে।
লাঙ্গোই মবোং হাপ্লাদা পুক্রি অদু ফুংলক্লে।
খেংউবদা উচিনা ভুবং ভুবং চিক্লরে।
ফৈরোইজাম্বা পুক্রিদো অম্নুক খেম্না হোকনরে॥

লমজেল্লোই ময়াম্না ভিল্লুরবা মতমদা
মোইরাং নোংবান চংউরে, ময়াম চুপ্পী মরক্তা ॥
নোংবান মানা ময়ামহু পাম থুংনা য়েনথরে।
ঐদি থর থেংথরে রায়ম সোমদা পুত্বনা,
মথাই মথাই থুংথরে ময়াম অহু থুরুম্মি ॥
ময়াম অহু পেল্লরে। লৌনৈ হুরাও হুরাওনা ॥
মনৈ থংদা—"ওসিবু নোংবান কজম্মন্ থরে
মহৌশাগা মান্নদে কনো হংউ" হায়নরে ॥
নিপা'মনা "সেলুংবা! ওসি নংগী অসিবু,
য়াম্না পিজ পিথকই কম্বি য়াথন লৈবগে ?
পেল্লে'খোইন্থু নহাকপু, হায়রোগবা ইবুংভো।"
হায়রে। নোংবান কজম্রে, মখুৎ অনি লোম্নরে।
"ঐনা নিংবা থুংজগে, খুমন মচা সিমতা
ঐনা থাইদা নিজবি, লমজেন চেল্লনবিরম্নু।
থাইনা কুপা ভৌবিয়ু।" খুরম্লক্লে নোংবান্না।
ময়ামহুনা "করিনো মপু মনা য়াথংনা
চেনবা নিপা অসিবু খিংউগনি কররম্না ?"
উক্ল-থুম্মি নোংবান্দা। "তোকও লাকও হায়হুনা
হায়বিগদবা নত্তে, হোম্নেন্ থম্বা মহাক্না,
হংবদা, ময়াম সিনা, 'চুম্মি' হায়বা সিমন্তা,
থুম্বিম্বুনে থাইসিনা! বাহৈ য়াম্ব নংচদে।"
ময়াম'হু—"হা হা কম্নো!" হায়বা চম্ মামগ্রে।
"নোংবান করি হায়রগা, থম্বা করি হংঙকপা,
চুম্মি.চুম্মি হায়রুবা—কম্বা থংবা লৈহুনা।
হাবু তাসি সেল্লুংবা।" হংবিথরে ময়াম্না।
"লমজা লমজেন চেনফত্রে হায়নথরে সিদনি,
চুমত্রা চুম্মি তাসিনি" হায়রে নোংবান ময়ামদা ॥

চাক্লুরে হনবা য়াদ্রে—হান্না খংলম্লগদি
চারোইদনি ঐথোইসু মানা শিংবা হেনখরে।
ফত্তেদা অঙোম মচা! ফরে।" হায়রে মখামদো।
রাহৈ মচেৎ অসিদি হায়নিংদনা হাল্লদৌরে॥
ঙাহাক পুংগোই কোম্বরে নোংবান মানা চিংহ্নুনা
লমগুম্মসি হায়নরে খুথা মচা মথৈনা।
খুম্বক্না য়াত্রে, কুমত্রি। সোমদা খম্বা মচেমদা,
খুরমজরে, চংলমদাষ্ট, ঘোংকী পুজা লোইবক্লে।
"ইহু নিংথৌ লমজাও! কাক্তা লমজেন চেন্‌বদা,
পোরোম, খুরৌ চেন্দবা, সন্দি খুংনাম্থোক্তবা,
শোইদ ঙামদ ওইসনু। খুমন মংনা থোইম্বুকো,
হুদি ইচেম হায়নিংদে মীচং মীথাই নাইনিংদে
খুমন মঙোল ওইষুকো।" হায়বিখরে মচেম্মা।
"অহুমক্তি ইচেম্মান, নহুনিংথৌ পাম্বস্থু।"
হাযজখরে খম্বমা। স্থম্না তৌনরিঙৈদা—
পুংথাই অমা চংখরে। খুমন মানা থাম্বদা
"যারক্তরে কুম্লসি" হায়না লাওন খোংনরে।
পুংরৈগ্রে লমগুম্নক্লে। মচিন মে'পুম্বা ভাখ্রে।
"লমগুমথরে ইবুংঙো।"—"কুমগ্রে ইচে।" হায়হুনা
থুমম তক্বিং তক্বিংনা উত্রা ভান্না কারক্লে॥
ময়াম লম্‌গুম্নকপগা থেংনৈ ঙাম্ব কথেন্দা॥
খম্বা, নোংবান মতাওনে ময়াম অহু য়েংহুনা—
"কুম্বিরম্মো ইতাওস্থ! লৈপাক মীয়াম পুম্নমক!
নিংথৌ খুরমজবদি নংওইদৌরে অহুনা,
উত্রা খুমরমগা কুম্‌জরক্লে ঐহাকস্থ॥"
নোংবান মানা খম্বদা—"ইতাও! ংম্বাইদা,
কুমগদৌরিবমোনে?" হংবিরক্লে খম্বদা।

"করি হ্বানোনে ইতাও! লমজেন কুম্বা হায়বনি।"
খুম্ব নোংযাই মচানা।—"লমজেন হায়বদি কদায় ?
চেন্‌গদৌবিবয়নে ?"—"করিবানো ইতাওবু,
ইতাও' হ্বাহং অসিবো! করি হায়না খুমগনি।
নং ঐ ঙরাং কেগেদা, মপু চবাপ মাংদগী,
লৈপাক মথান অসিগা কাক্কা লমজেন চেনগনি,
হায়নহুনা লাক্লগা নংনা হংইবসিবু,
করিব খুম্বু হায়বগে ?"—"খুম্বু ইতাও লাইরবা।"
"কার খুম্বুগে নোংবান! থেংই, দগিপি গরা ?"—
"শাওনু খম্বা সিনিনা। নংগী নতৌ অসিদা,
হবাওহুনা হংবান, হান্দক হবাওইভদগী,
শেংলে নিংখম সমাজন্সু শেংপা চাদা ফনদি
নান থুংনা উবেদো। লমজেন কুম্মি যেংগেরা ?
হান থ্রেনা হায়াদি।" –'নোংবান করি হ্বানোদা।
ঐবু ঙাং নিংথৌনা লা কাক হাপ্লে, ঙসনা
কাক্কা লমজেন চেনগান।" "থাইথো খম্বা! অহুনি,
নোংবান এ লরম্বগী হিংগদৌবি খম্বা নং।
শিরব্রদো! লাইবক ফ, থেংমনা হান্না ঐগা।
নংদি লমজেন তোকএনে, তাদ্রিবোইবে মহাক্তে॥"
"করি হায়না তোকইবা ? নাহু ঐ তাদ্রি ইতাও।"
"হুনি, খম্বা অসিনি—ঙরাং মংদি কুমথরে,
ঐদি কোম্বে ঙাহাক্তং। হায়নরকই ময়াম্না,
'মপী মপা সুদবা লমজা সারা মচানা,
মোইরাং পানা লমজেন সি চেনবা যাবোই। করিনা-
মোইরাং পুঙদা সোংদাবোহ, কখেন্‌ খুমহোং ঙাহোঙেঙাই,
কুমথি কুমগা, কুমওমু, কোরৌ হাঙ্গাংউ, থাংজি
চিশানরো, নোইমোম্ব খোগংনবা খোবনি।

কেগে শিংদৈ শক্তোক্লো মোইরাং লা দৈ কাইথোক্তও।
কাইথ্রে ইতাও লৈপাক্লা।" হায়দিরক্লে নোংবান্না।
"করিরাম্নো ইতাওবু, খম্বা ইরম্নাই নত্তে।
করি তাকওই ঐবুদে, তাকপিগদি থোকইনা।
রাকম অসি ইতাও শাগস্নু জুগাইনববরা ?"
"করিরানোদা খম্বা। সিবু ঐনা শেমহুনা
যাফবর রাফমসে, লৈপাক নিংথৌ থবকপো।
হংউদনা নহাকস্নু লৈপাক মীযাম অসিদা।"—
ঙকখরেদা খম্বদো "নোংবান মানা শেস্বনি,
রাকম অসি শোইরম্মোই।" খন্নহুনা খম্বনা-
'শোইদ্রববা রাসিবো ? ইতাও শেম্ব রারমে ?"
হংই খম্বা তমুক।—"কৈনো খম্বা নহাকপো,
নং ঐদা ওইরবদি চমই, তুস্নু নত্তানা।
কেগে কংলা লাখোংদা ঙাংখিবা লৈপাক রানি,
হৌজিক ঙাংনবিবস্নু লৈপাক মাংনি, নৎতবা ?
নংবু মরুপ ওইবগী চোপহন্নিংদে ঐহাক্',
যাদমখৈ যাদবে রারি মখৈ ঙাক্লিংই।
ঐনা হান্না হাযহৌবা নংগীদমক হাযবনি।
ঙরাং কংলা ফম্নবা খঙিত অহু মখৈদা,
অতৈ লৈপাক অসিদি চেন্নি হাযস্নু খংদরি
চেন্নোই হারস্ খংদরি—হৌজিক নংনা 'ঐহাক্তি
চেনগদৌবি' হারহুনা লাকও কুম্মে ওইমখৈ।
চেহুন্দরে হায়হুনা হুদৈ অমুক হঙ্গিনবা !
থুমন নংগী মিংচৎতো কেগে মীপুম খুদিংনা
ঙাংনরনিদো খম্বা ! অহুপীদা হায়বনি।
নোংবান ইথৌ লববা ?" হান্নবিবকই নোংবান্না।।
নোংবান মাগী রাকম্না মরিক চুম্মন্ বহুনা

খম্বা মথৌ হল্লক্লে। খুমন ঙাখম তৌরগা—
ইতাও নোংবান শোইদ্রেকো ?" —"ওন্থোকইদা ঙংসিদে,
লৈপাক মীয়াম অসিদা হংউদনা কব্বিনো।"
নোংবান মরা অসিদা খম্বা হংলে ময়ামদা—
"খুমন ইবুংঙো চুম্মি" তশেং তশেং খুমমক্লে
খুত্থা মচা মথৈনা —"হায়খিবগুম তৌবর"
খুম্মি খুম্বক মথৈনা খুম্মিংদনা, শোম্বাংনৈ।
অদু ফাওবা চিংনম্মি খুমন মবুক অহুদা।
নোংবান মাবু যেংহুনা—"অঙম্বদি ইতাওবু,
কনা কনা য়াওবগে ?" চায়বা খথৈ বাহুদা,
মখা তারকদৌরে উমহুনা নোংবান
"নমান চাওবা য়াওবনি, হায়দবরা ইতাওদা,
তাকপিকৈনা ইপন সো ; ওন্থোকইদা তমদবোই !"
হাযবম্লগা মযামদো কাক্তা য়োমদা কুমথগ্রে।
মমান্ চাওবা য়ৌবদা থাজখরে খম্বদো॥
নোংযাই মদোম লেপহৌরে—খুমন মানা খল্লকই—
"ওন্থোকপনি ইমান্দি মীবাইব্দি লমজাবু,
লমজা লমজা হায়বদি অসি ওইহন্নে চুপইদা।"
কপ্ ই মদোম লেপ্তুনা ময়াম কুমথখিবহু
খুমন সংত্রিক য়েংলগা—"লাইবক কবা মোইরাংশা !
কুম্থমোকো নহোয়দি লাইবক থিবা খম্বদি,
নৈহৌরেদো" হায়হৌই। খুম্বক মচা মথৈদি
থবাই শোক্লা সুংভাইঙে, মরু ঙম্মা নুক্রনে।
খুমন মানা নৈহৌবা হন্না য়েঙঙমই নোংবান॥
"ইচেমগী বা লৌদনা লমজেন চেনগে নিংউবা,
লম্থোক্লিকো তোক্লিদা ! ইকাই ইচেম মথাংদা।
কেগে মোইরাং মমাংদা কামদরে হিংহুনা,

হল্লক্লরোই মোইরাংদা। কেগে লোক্তাক তান্দুনা
চংখরগে খুনন্দা। লৈহৌরোকো মোইরাংশা !!
খুমন চন্থু লাইরবী করম দৌনি ঐহাক্তি !
লৈহৌরক্ত ইচেমদি—। পলেম পন্থৌ অনিমা
পিথোকখরে অঙোমদা চুমদে ঐনা পুরদি।
ঐনা চংসি হায়রগা য়ামি ইচেম শোইদনা।
ঐবু হন্দোকউ হায়বা ওয়মরোইদো বারমি।
তাকউত্থনা কায়রোই উমররোই ইচেমন্থ ।।
মোইরাং কনা অমত্তা হায়রমমরোই চংলগে।
খুমন ইচেম লমন্দি শিংউমদরে ঐহাক্না,
তোল্লিদকো লাইরবা ! লনজা ইচেম লাইরবী !
লৈহৌরোকো মোইরাংশা। য়োকপা মথৈ য়োক্লগা
রাবা মথৈ রারগা ঐগী ইপান চাত্রেদো !!"
খল্লে খম্বা বাখরে মিংতা পিবু তান্থনা
খুমন হিক্লা কপ্লক্লে নোংমাই মখোং থাংলক্লে।
মচেম অতুগী খনবদা লোইবী চিংগুম লুমখরে।
চংবা চংনা খম্বা বাখন অমা তৌরক্ই—
হোরেল লমজা ইচেম্মা খম্বা লমজেন দেনখরি,
লমজেন থোগে হাম্নখা থোরকনি মহাক্তি !
খম্বা ঐবু উমরোই করমদৌম্নি ইচেমদি !
অরাবগী মথক্তা অমুক হেন্না বারনি !
'লাক্কে ইছু নিংথৌদি,' কোইমা রেংমা থিগরি।
'মোইরাং মচা কথাম্না কাক্তল লমথাং অহুদা,
লমজেন য়েংলুবরগী চৈনা লাংবা থাহুমা,
কোক্নাই লুকাইরহনা তুহৌবরা খম্বকো।'
খল্লগনি ইচেম্ন—কেলে লৈপাক মরক্তদা
কোয়বা কোয়না থিরগা খণ্ডকত্রবা মতমদা,

কাক্তা লমজাও কুমহুনা থিনি অমুক ঐহাকপু।
কোরৌ মমৈ ওইবদা 'খুমন ইবুংঙো নোংয়াই
লমদম কৈদা লৈখ্রবা' কোয়না কৌন কপকমি।
কাক্তা লমজাও অহুদা খম্বা ঐবু থিবদা
য়াওজরনি পাম্বনা ইচেম্‌ প্রা'নবু থারনি !!
ইচেম্‌দদি তাকঅম গে।" খল্লহুনা নোংয়াইদো।
মচেম উম্নগে লাকএ চেঙ্গৈ লমদম পাংহুনা॥
নোংয়াই মানা চৎলমদায় থিজং ফিংখিবহুনা,
খুমন পোকপা লাইহুদা কৎপা নোংয়াই মহাক্কী,
লৈরাং মপোপ অহুম্বু কোলোই লাংথে্র কৌবদো,
চৎখ্রে খম্বা কাওহুনা। লমজা মচেম অহুনা
"লৈরাং অসি কাওরম্মে—কদায় য়েৌথ্ররিদনো,"
লৈরাং পিগে হায়হুনা থোরকপদা হোজংদৈ,
উবে খম্বা লাকপদো। খুমন মাবু কৌকরে।
"খম্বা নংদি ফিংইদা লৈরাং সিদি কাওরম্মে।"
"ইচে ঐদি ফিংউরে" হায়না লৌরে লৈরাংদো।
খম্বা লৈহু লৌরগা মচে খম্বু য়েংঙক্লে।
মিৎম্না খম্বাল মাল্লবা নোংয়াই মমিৎ অনিদো,
তরং লাইজ ইহৌরে। হিক্লা নৌনা কপ্লক্লে !
মৌপ্‌বাগী মতৌ'হু উবদা ঙক্লে খম্বু!—
মৌপ্‌বাই মতৌ উবদা কপ্লে খম্বু মচেমন্থ।
"অবেম্বা তারে লৈ কায়দরে ইচেঙ্গান"
হায়রে খুমন মচেদা। "করি রাঙো ইবুংঙো—
হায়হৈদনা করিনো! খুমন পোকপৈ লৈবম্নি,"
তাকপিয়ক্লে মচেম্না। খুমন মাঙ্গা—"ইচেঙ্গান !
লমজেন হুবু চেন্ন'দি কায়দৌনি লৈরাংসে,
লমজেন চেন্দ্রে অহুনা লৈরাং লেম্বে হায়বনি॥—

"হিঃ! করি ৱানো শাজো! য়োৎচিন সৌজিন য়ুৎরা?
"মাচু নত্তে ইচেম্মান ; মপু সমা য়াথংনি।"
"করি হায়না ইবুংঙো?" খম্বা মানা মচেমদা
তম্মে ৱাৱম পুন্নদো নোংবান ৱানা হায়রকপা।
মচে খুম্মক্তবিঙে "ইচে ঐদি লৈবরোই
মোইবাং লৈপাক অসিদা। ইপা ইকু অনিদা
শিন্নরমগে ইচেবু হন্নকপনি অচুপী।
কোয়ৌ শিংবুম খরদং লৈবিরগা চংপিয়ু
পন্থৌ সংগাই অমনুবা পাক হেক থাদোকপিগনু।
ইনা শকপী ৱায়েনু—ইবাই কৈরোইজাব্বন,
পলেম পন্থৌ পন্দুনা চৈরবসু তাবিয়ু।
ইথায ঙকৃশম্ পায়দুনা ইন্নবসু ইবাইনা,
থেঞ্জং চখোং পায়দুনা খাংবিয়ুকো ইচেম্মান!
খুমন ইপা' শমদমদা চংলগেকো ঐহাক্তি।"
খম্ব নাগী মরাদো পুন্নোই লোইনা তারগা,
খয়॰ মোপ্॰া যেংদুনা হায়রকইদো—"ইবুংঙো!
খুনম নংগী নরাসে ৱাগা উগা শন্নেনে,
পাঙনগা মৈতৈগা থোকই হিয়াং তান্নবগুম।
অঙাং ওইবৈ মহাক্না লৈখা তাত্রবননি।
খুন্থক মচা য়ংনেন্সু লৈকাই লাকপা ওইনসু,
থেংনকুবা গুসিগী কুমথখিবা ময়ামদো,
নেংবান মসেন চাদুনা খুম্মিবনি ইবুংঙো॥
ওইবা যাবা ৱা নত্তে, ওইরোদুসু মতোকৃও।
াক্তম অসি নকুনা তাবোইদবা ৱা থোক্তে।
াবদা নমাম্না হায়রদবা হৌনদে॥
কু ইবুঙো উম্মৌ কংলা তান্না চংকেরা,
খাম্ন খগা হৌজিকমক, দুদা হায়রম্নবদি,

চৎলি ইচিন্ ইপুবা খুমন ইপাম লমদমদা ;
নোংয়াই লোক্তাক লানবদা পুরো মচেম পোত্থনা ॥
অঙোম মবা লেপ্তুবা করি লৈহৌরুগনি
মাগুম্বগী কাদবু চৎলু খম্বা হংউখো ।
নোংবান মানা শেম্বনি চিঙ্খেল ফবা অঙোম্নি ।—
শিংউৎ এঙ্গল লৈগুম্বা তৌরাং থাদা য়েৎকনবা
অঙোম নোংবান মরাবু লৌরুখিম্ম ইবুংঙো !!
হুগা ইচেম রা হায়গে—হায়বমত্র'দি লমগুম্মো !
হাযবয়গা মরুকখো । নংনা অমুক লাক্ত্রবা—
অঙোম মাগী চিন্সেম্নি খংগে ইচেম মাহুদা ।
চংলো নোংয়াই থেংখবে, ইমান নোংথোন মনাক্তা ॥"
তাকপিরক্লে মচেম্না নোংয়াই বুদ্ধি তাখরে ।।
খুমন বুদ্ধি লাকপদা নোংযাই মৈগুম হৌরকই ।
খুমন মানা লাকপনা য়ৌরে ওকচিন থোংহুবু ।
হংই অচৎ অওক্তা—চাওবা লৈহৌরি হাযবে ।
হায়রিঙৈদা নোংথোম্বা লাংগোই মোবা তোংহুনা,
কোয়ৌ মভান কবগুম কংলা লাখোং তমহুনা,
থোগৎলক্লে লাংগোইদো, খম্ব' মকু উরক্লে ।
উরে খম্বা মাবুম্ম মকু চাওবা নোংথোম্না ।
মনাইশিংদা চাওবনা—"খম্বা মত্রা অসিবো ?" —
"মানি ইঙেল্লা নোংথোনবু ।"—"কেগে লমগুম্নখরে,
মাদি কৈদৌরিবনো, হংউ থিক্লে হৌজিকমক ।"
চাওবা শাওই খম্ববু, "নংত্রহুনা লৈহৌরে"
খনপ্লে চাওবা মমাকপু । হংহনবদা হায়রক্লে
তৌনরিবা রায়মদো চাওবা মানা থাজত্রে —
"মচিন থিন ভাংবনি, চাওবা ঐনা চৈরম্নি
সিগী কি'না খুম্বনি, মশক অসি য়েংনিংদে ।"

হায়না চাওবা শাওহুনা য়েংঙমদরে লমজাবু।
লাংগোই খুনেং থিন্দুনা থৌগ্রে কংলা য়োনবা।
খুমন মানা মবুক্তা—"চুম্বা তারে রাকমসি,
ঐবু উমনিংদরে—ঐনক্তা শিখরগে।"
খয়ে লমজা খম্বদো।—"থাংগৈ শেংবা থংদনা
হনবদদি ভৌরম্বোই ইমান মরা তাখিগে।—
ইমান ইবুংঙো ঐনি—রাংলেন মীকুপ অমত্তা
ঙাইরমখো লমজাবু।" কৌরে খুমন মহাক্না।
তাখিদরে নোংথোম্বা। থৌজিনথরে লাংগোইদো।
খম্বা শিবা কিদরে অচুন অরাম খন্দবে,
লাংগোইছুবু কারগে নিংলহুনা খম্বনা,
চৈয় পুম্নমক্তা থংলে। তাম্নবক্তে লাংগোইদো॥
খুমন হেক্সিলক্লনা কংলা হায়জিলমদায়দা।
লাংগোই শমৈ ফাথরে চাওবা লেপ্লে মাহুদা॥
চাওবা হন্না য়েংবদা—"ইমান 'বুংঙো করিনো!
লমজা ঐদি লোইজরে, ঙসি সিদা মোইরাংদা।"
হাযরহুনা খম্বনা মালেম নৈদা পক্নখৈ,
মিৎতা পিবু তাহুনা, লেপ্পা থরাই শোক্লনা,
বাঙাংবফাও ঙমদবা, উরে, চাওবা মকুনা॥
সুংশিহুনা চাওবনা থিনা চৈয়ে খম্ববু।
হংউবদা রারমদো—তম্লে খম্বা মকুদা॥
মোইরাং চাওবা নোংথোম্ব— "হাই-হাই ভৌবা ঙম্মেদা!
ফরে খম্বা চেন্নসু, ঙাইরো কংলা মন্নুংদা.
ফম্ব মনা ফংজরো—নোংবান মাম্না শাবনি।
হায়দে মচিন থির্বানি। ইকুপী শুন থঙেঙা!
লাকও চংসি কংলাদা।" খম্বা ঙাহাক্ খল্লগা—
"ইমান ইবুংঙো চুম্বি কেংগে লমজেন চেন্দনা,

করি হায়নি লৈপাক্লা, মনা লোবা হায়বসি !
'খম্বা মানা, মমান্ন লৌশিং চাওবা ওইবগি
ফংজবনি মনাদি, খুমন পাঙ্গল য়াওদনা ।'
মিংদা থিনি ইমানগী লমজা লায়রি ঐগীদি ।
মপু সনা চোরোন্দা হংগৎলগা য়ারম সি
চেঙ্গরুগে লমজেন্সি : সনা চোরোন্ হংগৎপা
লেপ্লিয়ুগবা ইকুনা, পুসিনবিয়ু থুনমক্ ॥"
হায়জরক্লে খম্বনা । "ফরে" চাওবা য়াবীরে ।
চাওবা মবুক অতুদা থাগৎলকই খম্ববু ।
মকু মমাক অনিনা চঙ্গৎলক্লে নিংথৌদা ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"কেগে লৈপাক অসিদি,
য়ুমগী–লমগী নিংথৌদি অনিস্নুরে, তৌরেদা,
ঐনা ওইবা নিংথৌদি—মাংঙ্গোন নিংথৌ তারেদো ।—
খুমন ইবুংঙো শাজো ! কাক্তা কুম্মুরগনু,
ঙাইরো উত্রা মখোংদা নিংথৌ ঐগী ইনাক্তা ।
নোংবান মানা থুংঙবা, ঐনা ঙক্ তেকু হাইবদা,
চোংশিন্দুনা নোংবানগী, তিংথোরকবা মখুত্তো,
তাওবা লৈশা পায়রগেদি । খুমন খুৎচাও অতুনা,
য়ৈথেক্লগা মখুত্তো, লৈশা পায়ু নহাক্লা ॥
কেগে চোম্না তিমবদা—পিগে লমজেন মনাদো ।
নোংবান মানা লাখবসি লীগে লৈপাক তাসনু ॥
খুমন লমজেন চেল্লনু ॥" খাম্বিরক্লে নিংথৌনা ॥
খম্বা মখুৎ লোম্নরে কৈথা নোন্বা শাগুয়া—
"য়োল্লবদা ডাকপিয়ু লাল্ল কাদা কনবিয়ু,—
কাক্তা লমজেন চেঙ্গগে পিনবিয়ু মপুনা ।"
হংগৎচরে লমজানা । 'করি য়ানো নিংথৌবা !
কেগে লমগুমখিবদি ওইথ্রে য়াংলেন কয়াবু !

হৌজিক লমথারম্মনি করম দোমি নহাক্তে।"
তাকপিখ্রবে মপুনা। "বিষ্ণু কৃপা লৈরগা,
থারমমগনু ইনিংথৌ, নমাই খম্বা চেঞ্জগে॥"
নিজরক্লে, যাদবে। "চেঞ্জরক্রো নিংথৌবা;
থোইজো ঙসি লমজেন্সি, মোংয়াই মঙ্গোল ওইজোকো॥"
মপু বোর পিবিখ্রে খম্বা নিংথৌ খুবম্মে।
চাওব মানা পুতুনা কংলাদগী থোবক্রে॥
কংলাহেন্দোরকপদা কৈরোইজাম্বা হংলকই।
"ইবাই লাক্তে হমানবু! থংদে কৈদৌরবনো"—
খুমন মব্রা তাবদা - "যোং পাপী! থংগনিদো,
ওযুক নোংঙাল্লিরৈঙদৈ চংলো নসেন লোযনখো,
চিন্নু পাংগ হাযববু হৌজিক ফাওবা লাক্তবা।"
চাপ্পবা মচা চরকপ। লাকএ খুদক তুমক্তা,
কবোইজাম্বা মচাদো, মশেন মপা উদরি॥
মাগী মবুক অতুদা রাখন অমা লাক্তুনা,
খুমন চন্নু লাইরবী খয়ু মাবু থাতুনা,
'লোযনাই ইনেম মচাবু—পিক্লা উমবু নংলবী
চা খয়ু!'" হাযনা কৌই শরুতুনা কাবকই॥
'দে" তাদ্রিরৈঙমক্তেদ মপা মশেল উরক্লে।
মপা তম্না কৌরকই। খুজিন মপান শাবগী,
থরে ইজাম্বে দশাদো কোকই মতম অতুদা॥
"ঙসি নসেন খুমনবু নোংবান মানা পহললে"
রাখম অসি অসিনি তম্মে চাওবা মচাদা।
কবোইজাম্বা সেলুংবা- "করে পম্মৌ ইবুংঙো!
নোংবান মাগী লমজেন্দো লম্লাই লমজেন তাহনগে।
নসেন অঙাং চেনবদি পানা লমজেন ওইহনগে॥"
হযবে মপা চাওবদা। "করম হায়না থোকহনবা?"

হংই মপা চাওবনা ।—“মপু যাথং হাংদবা,
অহাযববু শাহনা চেনবা মাগী লমজেংগি ;
ইশেন খুমন মাগীনা নিংথৌ যাথং ওইবনি ।
মাগী লমজেন অদুবু লৌকম থোক্তে পন্থৌবু ॥”
মচায় মবা তাবদা—“কৈবোইজাম্বা চুম্মি’বো ।
চংলু নংনা পুখরো চেহ্লল্লুরো নসেন্সে !
থোইহল্লুকো নহাক্লা ।”—“পন্থৌ’বুগো থোইহনগে ।
খুমন ইশেন শোইদানা । হোবেন সিদা নোংবান্না,
লমহেন্‌বা মীনিনা মানা হান্না থুংলবা
থোক্লবদি মনাদি পিবিরম্বা য়াদরি ।
থিংবিরমখো সিদদি মতুং থোকপা অহুদি ।”—
“মাহু খংডে ইপানা মনা অদু থিংবদি
ইতিক্লি ইপাগীনি । মযেক্লা তাবা ’মন্তু
ঙসি য়াসি ইপানা নিংথৌ যৌক্লববনি ।
নোংবান হান্না কুম্বগী ঙসি থুংঙরসনু,
হংচিং মশেম অহুদা থুংঙো নসেম নবাইনা ।
কেগে ’মতা কুক্কল্লোই খিংগে মাহু ফাওবতুম্‌ ।
ইপা মনা পিহল্লোই । নংনা হাযবা নদৌগুম,—
মপু সনা যাথংনা চেনবা নশেন লাক্তানা,
য়াথং শাবা নো বান্দা মনা পিনি করম্না ॥
কাক্তা মযাই লম্বীদা নশেন অঙাং পুহনা
কুম্মো খিমে নহোযনি ।” ভাকপিখবে মপানা ।
কৈবোইজাম্বা খম্বগা, কুম্‌থরক্লে কাক্তাদা ।
মসেন মবাই লাকপনা য়ৌরে ফোগাকচাও ঈথাই ।
মাহুদগী উরক্লে, চয়োৎ লাংমা থেৎখরে
লম্‌জেন্‌ থাদৌরে হায়বা । কৈবোইজাম্বা মসেন্দা—
“শেল্লোরেল্‌ ইবুংঙো তো ! কম্নো লমজেন থাদৌরে ॥”

"থাবসমু ইবাইবু।"—"থাহন্‌বা য়াদ্রি অঙাং,
থোইবা থোইদবগি বা ঙাক্তসু নত্রে শাজো।
'পংবা তানি ঐখোইনা খাঙ্খোবনা চুমগনি।"
লাওবে ফৈবোইজাম্বান - "হাই হাই মোইরাংমচাশা!
কোন্না চেনবা লমজেন্দি নিংথৌ পানা লমজেনি।
পানা লমজেন চেন্দ্রিঙৈ, চাকচমাং লমজেন যাদে।
মপু সনা যাথংনি, লন্নাই লমজেন চেনফদে।"
ফৈবোইজাম্বৈ মবাতু হেক তাবদা ময়ামদো—
"ভালো লমজেন তোকএদো লন্নাই তারে ঐখোইসে।"
লেপ্লে মযামত্থু তোল্লে। নোংবান মানা - "করিনো?
থারো থিল্লে থারোনে—লৈকাই লাকপা থারোনে।"
তক্লিল্লক্লে নোংবান্না। নোংবান মরা তাবদা -
"করিবানো সেলুংবা! নংনা নমথাক তৌতুনা,
হান্না পাম্ন পিজবে লুপা ফেল্লে ঙাওহল্লে।
মীনম্নমু ঙাংহল্লে যৌবম্মনি নিংথৌদা;
হৌজিক মসেন মবাইনা সনা য়াথং পুন্থুনা,
লাকএ, থিংঙে, হাযবরে। মসেন পানা লাকোক্লি,
সেলুংবনি মবাইন্মু নত্তে চুয়ৈ মীচম্নমু।
থনি সিগী মবাবু নমথেক্তুনা ঐখোইনা,
লম্‌থারবদি তোকএ; হযেং চান মখাংঙে,
হৌরেন কংলা য়ৌদবে লমথাবম্মগা সুম্না,
সোল্লৌ বোমদা কুমথরে। ফৈবোইজাম্বগী মরা
নমথেক্তুনা 'খোইদি ঙমজররোই লম -থাবা॥"
লৈকাই লাকপা মরিনে ময়াম অতু যাদরে।
"নত্রে থাবোনে 'য়াম্ব।" তক্লিল্লকই নোংবান্না।
"লমজেন থাম্নু মোইরংশা।" হন্না হন্না লাওরকই
ফৈরোভাম্বা সেলুংবা। কোংযানবনা "থারোনে,

মহোম্ব তাংযোনবমনি। লম জেন্ থারো হাযবনি।
চাকচমাং কুমথবগা হৌজিক ফাওবা লম্ থাদে,
থারো হাযবনি—থারো, থারো হায়রি থাবোনে॥"
তম্বিল্লকই লমজেন্দু। লৈকাই লাকপা মবিনা—
ঙস্মোই নোংবান ঐথোইদি—চাওবা লৌশিং চাওইদো,
থাংদা হৈবা খোংলেনগী, কিজে মপা মকুবু।
সনা য়াথং লাইখিদো ঙমজবরোই লমথাবা।"
যাখিদরে মরিদো। নোংবান মানা রাশক্লে—
"মোংবান ঐগী শক্ককমি খনবিগনু মাতুগী।
চাওবা লৌশিং অপুম্বা তয়েং সেন্না চাইতুনা,
কোগে কংলা মেনগেদো। থোংলেন্তবা থাং পায়বা!
পাযহৈদবা ইপাদে? কেগে লৈপাক অসিদা,
ফম্মি খ্বাইগী মকোক্তা থোংলেন মাগী মথক্তা।
ইপা অঙোম নিংথৌনি ইমা খুরাই লৈমনি।
করি কিরি মাতুবো। অঙোম পোকপা লাইতুনা—
নোংবাম শাথী ওইসনু ঐগী শকক ওইজগে।
তৌবে তৌবা নোংবানবু লৈবিবদি পুম্বসে,
চাম্ তুনস্থ কোক্লরোই স্থতুনস্থ চৎলরোই।
অসাই হাযদোকখববা রাক্ষম অত্র মযামগী
যৌবরিনি নিংথৌদা হৌজিক ফন শেংনস্থ
পুমশেং শেংবা যাবরোই মাংবৈ মাংব মাংবিরো।
ঐগীদদা লেপ্পগা ঐঙোন্দদা তাবিবো।
পোকপদগী তাল্লকপা ইপায মমন হান্দক্তা
থাগে কংলা লাখোংদা কিবিক্কনু থাবীরো॥"
হায়রে মোংবান মহাক্কী অবৈ মখৈ তিঙংক্লে।
হন্না হন্না হাযরকই লেপ্প লৈতে নোংবাম্না॥
"ওইবৈ ওইবা চুমই হাই। শোইস্থ নোংবান থারগে"

যাবে খুম্বা মখৈনা খুম্বক মথৈ য়াদবে ॥
মযাম অহূ যেংনবে। খুম্বা মথৈ অহূনা,—
"খুম্বক' যাবৈ তৌবনি"—হায়নি ঐখোই খুম্বানা,
পানা পানা ওইবগী থোইনিংবগী হৌমৈনা।
তাহন গনি, তাহল্লু অপাম্বনা, ফবেদো।"
হায়না নাল্লে খুম্বক্তা কিবক্তুনা যাখিরে।
নিপা হুম্ফু মরিদা লেকাই লাকপা আনমা,
অনিমনা নোংবান্দা লমথানবা তৌর ক্রু।
সংঙম অমা। কাম্বনা লেপ্লে নোংবান অপানবা।
ময়াম মাংদা থাম্বরে লমজেন অহূ থারক্লে॥
খোইজাম্বা শাওহুনা উৎলে সগোন সাজেদো।
মযাম চেম্থ-লবপদা নোংবান্না মানা মযামহূ
হেঙ্গৎলক্লে। কাক্তা খুল্লক্তা বেংনে।
খুমন মশেন মবাইগা। নোংবান্না' খুমন হতাও!
মাইবাং লংথোনা কবি হায়রগে?" হংজবকই।
খম্বনা—'কাব হায়নি! চেন্দুম চেল্লু হায়রকই।
নোংবান্না—' চেল্লসিনা ইগাও নিদগী সুম্মা।"
খম্বনা—'কাব ৱানো নোংবান! হন্দক মুক্তনে
নহাযরে অমুক হন্না হায়নুকো! নংগুম্বগী মেম তাংনা,
চেনবা মী মান্ন উব্রা? মথোহদোক্নী নথোহদোক,
কন থোক্নী মকাম্বাক চেল্লম্মু, চম্বা মথৈ।
ম্বা মথৈ নতাওদি হন্দোক্লগা তাল্লক্কে।"
ম্ব মরা তাবদা নোংবান—"ওাইনা ডাইনা চেল্লনগে।
তানবিরকউ হতাওবু।"—"ডাহন্নু নোংবান—নিংথৌদা,
হংগংকেরা ডাই—হায়না।"—হাবাবরক্লে নোংবান্দো।
খম্বে মরা তাবদা—"হায়বানি মরুপ ওইবৈ
খোং ডাহন্নু হায়রগা?" হায়না নোংবান খুল্লকই।

নোংবান অতুম চেনখরে। মশেন মবাই কুম্মকই॥
লৈকাইবাকপা মরিনা থৌগৎলকই মযামদো।
ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা থুংজা পাইবা শাজেনা,
নিংলে কুগে মযামদো— মচিন থোক্লে "ঙসিদি
যৈগে হেক্তা ঙম্মখৈ।" উরে মবাই পুক্লিংদো—
থুমন মানা—"ইবাইবু! তৌবিরুম্মু কামদে।
কৈদৌগনি মখোইনা।" সুম্না থামখি মবাইবু॥
ফৈরোইজাম্বা মবাইনা—'লৈরে য়াম্না লুব-'বা
কম্নো থুমন ইবুংঙো?"— 'ইবাইবুংঙো কবিনো?"
"মনাগীদি নকুনা খিংলম্লনি রাদরে,
হয়েং থুংলে তুমঙাই, ইশেন ইবাই থুংব্রিমখৈ।
হোরেন নোংবান মাগীনা বিচার য়েংনরকপদা
তারো লন্নাই লমজেন্দা, হায়রবনি মহাক্না
'তুদি করি মরমগী নোংবান ঐগী লমজেন্দা,
লম্থাবিবা কবন্না লৈকাই লাকপা মরিম।?'
হায়নি শোইরোই নোংবান্না। লমজেন হায়বা সিদদি,
কনা চাওই হায়তুনা -থমখো নবাই ঐগীদি
লৈকাইরাকপা নত্তনা নমান্ নোংথোন কাওবনা,
য়াদে লমজেন থারবা। নোংবান মীবু ওইবগী
কমদৌসিগে ইবুংঙো চেঙ্খৎলক্লে মরিসে।
মাসি খ্বাইগী মকুনি।" ঙাংনখরে তানরে।
"চুমই ইবাই ইবুংঙো।" হায়নখরে অনিদো।
অনি ঈঙ্গিৎ তৌনবে। ইমান ইমান মান্দানা
লৈশিনখবে অনিদো—কারে মরি অতুবু—।
ফৈরোইজাম্বনা—"ঙাইখো ইসেনগী লম্ থাবমখো।"
হায়বকপদা মরিনা—"ঙম্মোই থাবা অনিবকু।"
থুম্জরুবা শাবদা। শাওগ্রতুনা সেলুংবা,

শিনি নানি থংখিদ্রে। খুংতা পাইবা শাজৈনা,
লৈকাই লাকপা মরিগী ফুরে নময়ং অতুদা।
কেগে মোইরাং লৈপাকতা কনবা থৌবা শিংবদা
মপায় ভমথং ওইরবা, পাগদ'দা নোংবানগা
মচিন মনাও ওইবগী, মপা মপা ইতুনি।
পাঙ্গন থোকপা য়াদবৈ লৈরিবনি সেলুংবা!
মকম্নস্থ সেলুংবা ভম্‌গদমখৈ ভস্মিবা
ফৈরোইজাম্বা মহাক্নি। লৈকাই লাকপা মরিদো
মখোইনগা লাল্লুরে, কৈস্থ হায়বা ভমভদে।
ফৈরোইজাম্বা মহাক্নী শাজৈ চারে মরীদো॥
মরি তুবু মবাইনা মসেম তুগী থন্‌বদা
লুংঙাইতবা লোমখরে। ফৈরোইজাম্ব মরিদো,
অঙাংগুম্না উখরে—"নহোয় করি হায়াইএ?
ইসেন্‌ অঙাং নোংয়াইবু কেগে লাদৈ কাইখরে,
মোইরাং শিংদৈ সৎখরে। চেঙ্গলন্দরে হায়াইএ?
খংব্রা নহোয় ঐহাকপু।" হায়না ফুগে হায়তুনা
শাজৈ হাইগংলকপদা, খাম্মে খম্ব মবাইবু।
লৈকাই লাকপা মরিদো—"ঐখোই লাল্লে সেলুংবা!
লমথাজগে" য়াজরে। কুমথরক্লে তরুক্তো॥
ময়ামগী লমথাফম্‌ উরে, খম্বা হংই তাক্লে।
তুদগী নোংবানগী লৈ, তুস্থ হংই, খংজরে॥
চেন্সি সিদৈ হায়রবদা য়াদ্রে খম্বা মহাক্না।
কুমথখিসি হায়রকই —। খাদ্রাকপগী লমথাবুং
থেংনৈ হংলে তাকপিরে। সিদৈ চেন্সি অতুস্থ
খুমম মানা য়াদরে। কুমথরক্ল অমুক্না॥
খুমন্‌ মাগী লমথাবুং পুরেনবাদি কৌবদো,
খোয়ুম লাইনি হায়না নিংনৈ তাইবং কয়ামা।

যৌবিবম্মু, এইহাক্না ইসেন তুংবু ইল্লকে ।"
হায়াবরক্রে, হবাওরে । নসেন নবাই অতুবু
নর নিংদ্রে নখোইদো । পোইন্দ থাদোকপিবগুম্
থৌ'গ্রা, লাংগোহ মরিমক । 'খুমন হকুং ডা ইবাইগী
লাংগোই সমৈ পাযজনা ননজাও ওইরিৰৈডসিদা,
অরা খর পোথোকউ ।" হাযবিরক্রে মসেনবু ॥
"ফনি হবাই ইবুংঙো নসেন সমৈ পাযজগে"
হাযনা পাযবে খম্বনা লাংগোই সমৈ অতুবু ॥
ওসি 'ফবেইজগনা (হাংলকহবা মগোর্নসি,
নগোন মতা অমনি লামগী শা। গাঙ্গোইদো ।
ন থোংলেন কৌবনা পেগে চাওবা নপাদা—
A"মংবু চানবা মনম্মু, ওনেন না নুগী থ'ব্রাস্তু,
লৌশিংন উ । নাদবা ক ল'ংস্তু লাকান হ হ !"—
'চুমই ইতাও থমগে " শাচুনা লোংথে নবনা
লানশা নাঙ্গোত খসিবু তস্বিচুন থম্বনি ॥
থ লেন গান শা অতু । চাওবে শাগোন অসিগা,
চহি মতা খম্বনা গোবহ পী 'ত তনা ।
আন অসি পোক্লা । থংখি হপ তচুস্তু ॥
থৈ বাইজাম্বা নব হদা "ইবাই 'বু পো লাংগোইসে,
হাইগংপিযু খো'কাপ খি "—

"শাজো খো কাপ, ফাদ্রবা ?"

"ইনহবুতও পাদবে " নসেন মবা তাবদা
লা গোহ থুমেং বিল্লক্রে । লাংগাই শাজি থারক্রে ।
হিদদা শাজীদা নোংযাই নিংবা থুংছকই ।
নসেন নজৌ থেংগেদি মবাইদ্য ভিংঙকই ।
ইনা থেংই না ইনা নোংযাই কোযা ইল্লমই ।
'কদোগে ইবুংগো ?" "হ াংপংঙো থবগা,

য়ারবদি মসেনবু লম্বোবগা কোনবনে।"
হায়জরকই খম্বনা। ফৈরোইজাম্বা উরক্লে—
অঙাংসিগী থোংজেনগা অসাই হেমশিবতুগা,
তাদ্রবদি সিদগী সিনা চাংবু ওইরগা,
তাল্লবদি থোইরনি উরতুনা,—"ইবুংঙো!
লম্বিসি শাংলে ওক্লে, হোরেন চখম্নগনি।
সিনা চাংবু ওইরসি।" "ফনি ইবাই-ইবুংঙো।"
স্নুম্না মসেন মবাইদো চেখ্বংলক্লে লমজেন্দো॥
ককয়াই কক্লক য়োৌরক্লে। ফৌগাকচাও ইখায় য়োৌরে॥
হাওনু কোন্দে লৌঙাকপী, নূরা মাগী লৌঙাকফম,
কৌবা য়াইরেক তম্‌খিবা চিংনুং নোংফাই চন্‌থিবা,
"কেগে শিংজা কবাক-তা, মোইরাং লৈথা চরং-লো,'
মশেন মবাই য়োৌরকক্লে। ময়ুম মোইরাংনা ক্লাকপু,
'শিংজা কবাক'তি কৌই। ময়ুম পোইরৈ মৈতৈনা,
লোইবী হেম্পাং অমুবা, লোইবী পাওহন চেক্‌ ক্লাক-পু
অমুবা হায়না কৌনৈ॥ নুরায় খুদোপ্‌ অতুনা
পাম্বা মরৈ থায় হায়না,—পাম্বা মানা শিবদা
ক্লাক্লা ময়াম ইনবগী—কেগে শিংজা কবাক তা,
মোইরাং লৈথা চরং লো, হায়না কৌনি লমদমসি।
অচা, চাদ, মরোং-লো, সৈদাং চিস্ফু রৌদগী
সঙাই কোম্বী রৌ, লমদম্‌, মথং মথং য়োৌরক্লে।
ময়ুম মোইরাং লমদম্না কৌনৈ 'সংঙাই কোম্বী'-বু,
ময়ুম পোইরৈ মখৈনা য়াওক্ল-য়াওসংঙাই, সগাই,
লাম্বীশা হায়না কৌই। সংঙাই কোম্বীরৌ য়োৌরে।
মকু ছইজোল লো, য়োৌরে। তেকপী ওকফারো থেংলে
ময়াম লমজেল্লোই মথৈ--থেংনরে মফম সিদা॥
লমজেল্লোই মন্নামতুনা- "খুমন মচা থোইজরো,

খোইনা বোর পিগেকো। অঙাং নংগী নফমদা
লাল্লুরেদো কয়াসু। হায়দ রাবু হায়বা-শা,
নংগী কাদা হায়রুবা তুগী পাপসু কোক্লসি॥
ঙসি নোংবান থোইর'দি মোইরাং লমজেন মুংলশি।
নোংয়াই নপা লৈররোই। লমদম শাংখিত্রিবনি।
ঙাইহাক পুংগোই লৈরগা মফঙঙনি তাঙ্খৎলু॥
খম্বা মাবু থোরকই। মযাম অতু লৈহৌরে॥
খুনন মানা "থোইবদি ইতিক ইপা ওইজদে,
ফংবদদি ফংজগে" হায়না খুম্মি মরামদা।
মযাম তুনা খম্ববু "চেল্লো খুমন শাজোবা"
খুবাক খুত্থনা লমজেন থোবকপা গীনিনখোন্দু,
তুরেন্-লম্দা নোংবান তায়। কাক্তা পনম লৌতুগা
তেকপী ওকচা লৌতুগা অনি সিগী মরক্তা,
ইথ লোখোং অচৌবা লৈবে কৈগাক ফৈতুনা।
খুনন মানা খল্লকই—"লোখোং অসি কুম্মরোই
চোংগে চেঙ্গোং ওইনদি, লাংগোই তুংদৈ হাইগংকে।
শগোন সিদি খংদেদো চোংবা ঙম্বা ঙমদবা।"
হায়না খুমন এহাক্লা সগোনদগী হেঙ্গংলে।
নোংযাই মাগী মমাংদা কোংযানবনা চেনখিবা,
সগোন তুগী মমাংদা খুমন মনা চেল্লকপা,
সগোন তুগী লিংজেম্না মাংদা সেম্বাং পাইফ্নদা,
মুরেঙ্গমগী খাববা লিংজেন্দুগা পাবদা,
হেমদবে অনিদো মত্তা অমা ওইখরে॥
লাংগোই মমাং থাত্থনা নিংথৌ শাইবোং মকুগুম
লোখোং অতু লান্দুনা খম্বা মানা চোংখরে।
করোইজাম্বে সগোন্দো লান্গী শাগী হৌনবা,
নোংযাই চোংগ্রে হায়তুনা খুমন খোংফম তান্দুনা,

লাংগোই লদা খুত্তুংনা, খুনাং অনি হাইগংলে,
ফুক্ক্না চল্লকপদা ফৈরোইজাম্বা মবাইস্সু,
মসেনগীদা যেংখরে। লাংগাইত্তবু খান্গদি,
নিংখিদরে সেলুংবা; লোইনবক্রে পগোনগা।
সফু কম্মনখিবনা লাংগোই পুক্লি তংখরে।
পুক্লিত্থু তেক থেপদা লাংগোই সোর হাপ চংনৈ।
লাংগোই লমখাং অত্তুদা ফৈরোইজাম্বা মবাইগা
লোখোংত্থুগী মন্নুংদা অনি অত্থু তাখরে॥
নোংযাই চপা যেংলগা- "ইবাইবুংগো শোকপরা?"
"শোক্কে নোংয়াই চেপ্পংলো. ইবাই পুক্লি শেমখিগে,
সি-ভাইতুনা লৈরগা অঙাং খোংবাই খিল্লনি।"
মবাই মরা তাবদা—"করে তুদি লাকপিরো,
নসেন চেপ্পংলমগে।" খুম্মন মাদি চেনখরে।
মখোং নাচন ওইখবে, মখুৎ নশা ওইংরে।।
নোংনৈ নুংশিৎ পাংখক-ওই. সুনাং লাকপ পারখরে।।
ফৈরোইজাপ্পৈ সগোন্দো নমাই নোংচুপ পাংখরে।
খুমুজাম্বা চিংলোমদা সকপ তান্না চেনখরে॥
শাবন অত্থু থনম্মে ছপ্পৌ খুদাপ অমা থৎ.
ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা তান্নরক্লে শগোন্দা॥
মতম অসি নোংবান্দি যৌবে, তুবেল্ল-যাংবী।
মাগী নিপা তরাগা মপা থম্মিবত্থুবু,
কৌরে নোংবাম তাকখবে। "লমজা খম্বা লাকহৌরে,
ফান থম্ম্ ভম্মগা নত্রে চেনবা য়াদনা,
মখোংলা মখুৎনা'মা তো, চেনবা যাদনবা।"
নিপা তরা মঙাত্থু পুলৈপোকপী লমদমদা,
লক্ষ্মী ময়াই মক্কুদা লেপ্লে খুৎশম্মত্থনা।
উরে খুমন লাকপা—"মা-দা লৈবা মীশিংসি,

খুমন ঐগী ওইরবোই, লমথোগে তৌরি মাল্লে।”
খম্বশাই লমজানা। খুমন মশক উবদা,
খুদুন উৎলি মঙোন্দা। মতা’মনি হায়বদো,
উরে খংলে মতাদো। খুমন ভক্তি তৌরকই—
“মোইরাং ইচিন ইনাওশা! য়েংপীগন্নু লমজাবু।
ঐবু নুংশিদ্রবন্নু লমজা ইচেম য়েংবিয়ু।
‘য়াম্পাওইব নহোয়গী য়ুমথোং য়ুমশোং চংহনা
থাক্লকপনি ঐহাকপু চেংনি কৌনি খহনা।
নহোয় নচেং নকৌনা চাওরবনি খম্বদি,
ঐগী ওসি লমজেন্দি লমজা ইচেমগীদমক
চেঞ্জনি ঐহাক্না তৌবিগন্নু। ’য়াম্ব শা!
খুমন লাইবক থিবনা লমগুম্নু কোনখরে।
মহৌশাম্নু চেঞ্জদে” লাওজরকই খম্বনা॥
নয়াম হুনা—“কারিনো খম্বা মাহু য়াররোই।
ঙস্মে চেল্লু নংথেকখো। ঙমদ্রে ফানি ঐখোয়না॥’
নয়ামদুগী মরক্তা অহম অমা য়াওরম্মি।—
“য়েংলনুসি ইনাওশা! নুংশিদরা খম্বসে!
নশা কনবা নিপানি, নমথেক্কুনা চেনখরে’
হেকনা হায়সি কৈদোগে? মানা শাওদা শাওরগা,
হন্সি মাগী মসেন্দো।” শাওই অতৈ অহুনা—
“চাংদেদি খম্ব্রগা ইচিন ইরৈ অনিনা,
য়াম্রবদা ক্ষত্রিনা অহু হায়কম থোকপরা?
থাম্রোন হানখ্রে য়াদরে—নুপী মাল্লে নং ঙসে।”
“ঐদি নুং ট ওইজরে, ঙমজররোই য়াওজবা
ইতৈ থোইদি য়েংলুকো, লমজা লাইরংসিবু।
নথায় ধর্ম্ম ফংগানি। ঐদি কিজি লমজাসে!
ঙজনরোই তোকচরে। নুপী ঐগী ইসিন্দি

ইন্সাং চিজক্লরগে। তৌবিহৌরো ইতৈখোই !!"
হায়না মোইবাং অহন্দো। মিপা শম্বুন থাদোকই,
অওন শম্বুন পুন্দুনা "ঐদি লুপী মচানি
পুলৈ হেকচরুখিগে।" পুলৈ লক্তা চংখরে।
পুলৈ খোক্লা লৈখরে। য়াওদ্রে ময়াম মরক্তা !!
নিপা তবা মঙাদো পুকচেন তিম্নবক্করে।
তরা মবি অহুদা যাওরি নিপা অমগা।
থা তবেৎনা পোকপনি পিকই নেম্মি নিপাদো।
নোংবান মামা খমবদা লিংজেন কৈ-দি খংহুনা
যাওহনবনি মহাকপু ঙসি খম্বা যেৎপদা।
"মিপা অমতদবু ময়াম চংবা হৌনদে,
ঐদি য়াওরোই হোৎনখো নহোয থমদ্র মতমদা,
ঐ তৌগে যেংউ নহোয। অমনম্‌দা তৌননি,
অমদা ময়াম চংবা ! দাযলৈত্তে ঐ যাওনিংদে।"
লৈপ্রে মাম ফমহুনা, তারাহুমদোইদা ঙাইরে।
খুম্বা ঙমদে ময়ামদো হান্নৈ লিংজেন খংহুনা।
খুম্মুবগা মাহুদা হল্লোইদোরি নিপাদো,
খম্বা য়েৎপ তোক্কুনা নিপা তরা হুমদোইদো
যৈনহুনা লদোবি খুমদে হুনা ময়ামদো॥
মাংদা অনি তুংদা'মা মাক্ য়েক্তা মঙা মঙা,
খম্বা ক্বানি হাযহুনা ঙাইরে নিপা ময়ামদো।
খম্বা ফুজিল্লকপনা নিপা তরাহুমদোইহু
যেৎতা লৈবা যেৎতা লং ওইদা লৈবা ওহদা লং
সোবোক ফনম্ভাহুদা য়ুংনা তাবা যাওরকই।
খুমন মানা চেনবনা যুংহৌই কনা 'মনা।
মখুৎ তেকপা যাওহৌই মমাই কাযবা যাওহৌই॥
ময়াম মতৌ উবদা চোংসিনখবে অসাইগী

থাস্তুদবা নিপাদো। নোংয়াই হাম্লনা চেল্লিবা
খুমন মখুং ফারগে—চোংখংতুনা কোনববু,
খম্বে পাম্বোম মরুদা য়াল্লে মখুং অনিনা॥
"ফারে ফারে" হায়দুনা নিপা তুমা লাওরকই।
খুমন মামা মোরিংংলি—"তাংখুবা নংদি চংসি,
কাক্কা লম্বী শাংইদো য়েৌবা ঙম্মোই পুবিগে।"
নোংয়াই মানা চপ্তুনা'—হমুমাম্না মুখিংপু,
সেগা চপ্না পুরগুম পুরে খোংকাপ খরদি।
নিপা তুগী মচিন্দো লাওরি ইতত্তভাবা;
তানিংদরে হায়দুনা লংথোক্লম্লে খম্বনা॥
নৈসী মহুম অমদা সোরোক নাকন্ অতুদা
মকোক য়ুংনা তারুরে। চপ চানা তুবিগুম্না
উপসিনখরে মকোক্তা। হোৌগৎপদা য়াওরকই।
ময়ামদুনা উবদা অনাবদি হুন্দোক্লে।
মহৈ মহৈ মোরুরে—তাংখুবতু লৈহৌরে।
মৈকোকপী শাগী শাজেন—সংঙাই লাম্বী শাহুন-তম,
নোংলৈ নুংশিৎ নদোগুম চেখ্যৎলক্লে খম্বদো॥
কোক্ত কোক্পা লৈরুকোক্ কোকোক্ কোকপা লমদম্দা,
ফুনিন্ মপান শাৎপদা কাক্তা লাংজিন্দুদগী,
নোংপোক লৈচিন লক্তগী কোরৌ চোংথোরকপগুম
কাওদোরক্লে খম্বদো কাক্তা লৈরুকোক্তুদা॥
চেল্লম্মি অঙোম নোংবান খম্বুম লবুক সোরোক্তা।
নাংবান মশক উবদা নুংঙাইতরে খুমম্না,
মন নুংঙাইখিদবা লমন শিংগে নিংখরে।
নাংবান মাবু য়েংদুন—"হাই হাই! নোংবান কোংয়ানবা!
শামান্নবস্তু লাক্লে লামান্নবস্তু য়াওরক্লে।
মত্তনা নখোং ওই নংনা হান্না চেল্লয়ে।

থমম্মে খুৎলিংদুনা, তৌরে, লমকেং লম্বাইরে।
ঐনা থোইরবদি ফৈ, ঙসি নংনা থোইর'দি
লৈরি রা মথং মথং। নংনা চেনবা শাজেন্দি
সগোন মাংদা পুপ্পাওপু—একপীদা গী কুপ্পনি।
ইনাক খুনগী নশক্কক, লাইরবগী ইশরুক
লৈবমগনি ঐগীদু। ঐ লাকএদো কোংযানবা!"
লাওবে খম্বা নোংবান্দা। নোংগাই মাম্বা থনবনা,
"হাম্বক ঐনা চৈবদা নোংবান পানা শাগদুনা
ঙাইরসম্ব খম্ববু, ঐগী চৈবক অসিদা
কাক্কা লমজেন চেল্লবোই. লোইমরগে ঙাসদি।
ঙাইদরে তানগে ফ গে যৈ থক্কুনা থনমগে;
হয়েং খুংগে খুংঙগে চমদে থরাই থারগে॥"
লাইদে নোংবান অপামবা কিবা লৈতে মবুক্ত।
খম্বে মপাও তাবদা—"কৰি হায়ে লাইরবা!
লাও ঙসি খংনবসি কাক্কা লমজেন চেল্লবোই,
ঐনা ঙম্মে নহাকপু থনম্লগে লোইহনগে।
চিংনদনা শা-পাযগে। নংনা ঙম্মে পাযক্করো
রাইশংনা চেঞ্জখরো। লাকও খম্ব।"--হাযদুনা
মখেং থোংখোং শাদুনা নোংবান খোংবী লুক্কুনা
ঙাইরে নোংয়াই চেল্লকপা॥ চেন্সিনখবে খম্বদো।
নোংবানগী সেগা পাযখ্রে, খুমন লৈবকপদুনা
নোংবান শিংলে সোরোক্তা খম্বা তুবে নিংথেংলৈ।
তোক্কে আন চোংসিন্নে মপ্পখবে মশাদো।
নোংবান মাগী মংক্রু তাবে শন্নে সেগাদা॥
কাচিন্দগী বোবোবী হংঙোইদুবু অঙাংনা
চপ্পগুম্ন শক্তা চপ্লে খুমন মহাক্লা॥
খুদোং খিবে নোংবান্দো সোম্ন তংলম দাম্নদদা।

অমুক অমুক থাদোকই। অমুক লা ক্লিল্লি ।।
য়াররোইদৌ উত্নুনা নোংবাম মানা—"ইতাওবু !
থংডে নোংম্নাই ! মকল্লে। থাদোক্লরসি খম্বা !
শিংথু নাথুং নত্তেদে লমজেল্লিদো ইতাওবু !
লমজেন মতম হেথ্রীনি ।" হায়জরক্লে নোংবাবা।
খম্ব, তম্না থাদোকই চেন্নরক্লে চুদগী ।।
লম্লেন্নিদি মদাইমা পুন্থোংবীনা নৈমরোন,
নুংলন খুবীপোক চেগাই লয়িত্তাওবু য়োৗরক্লে।
থুই রাম্বুং য়েৎ-ওইনখ্রে, চেল্লক্লে চিংথৈ পাংনা ।।
খুদেকপী লমদম য়োৗবদা লাংগোই তোংবা তারগা
মডানা থৎলে খম্বা লাংগোই মকজি থাইখরে,
লাংগোই সগোল মথাদে নোংবান তম্না লিৎহনখি ।।
তৌবিগনু হায়জরে য়াবিদরে খম্ববু।
"চেনখো ঙম্মে নমখাইখো ঐখোই ঙম্লে থংকনি ।"
হায়বিরক্লে ময়াম্না। লাংগোই মডা অমনা
থিংগৎলক্লে নোংবানবু। লাংগোই ময়াম অত্নুনা
য়েংথ্রে খুমন মহাকপু য়েৎতা ওইদা মাং-তুংদা
লাংগোই শাজৈ অত্নুনা ফুরে খম্ববু।
ওইদা ফুরে য়েৎতা চোং য়েৎতা ফুরে ওইদা চোং,
লাংগোই তরা অত্নগী থাগে অমুক্তা মাংদা ;
উত্না য়োৗবা ফাওবদা লাংগোই শিংবু ফংহল্লোই,
নিংথ্রত্নুনা খম্বনা য়েৎতা চোংগে তৌরগা,
য়েৎতা থৎপা হোৎনবৈ ওইরোমদা চোংথোকখরে।
লাংগোই তরা অত্নগী খুমন মাংদা তাখরে।
খুমন থুদৈ চেল্লকপা লাংগোই তরা অত্নুনা
মোংয়াই মাগী তুংদা নিংথম চিন্দোন রাইনবু
তাম্নরক্লে ময়াম্না হেঙ্গৎখরে সগোন্দৈ ।।

থিন্ গৎলুবা নোংবানবু লাংগোই তোংবা মঙাদো,,
হন্থরক্লে অমুক্তা নোংয়াই যাইদা তাখরে।
তুংদৈ সগোম মঙানা খুমন তুংদা ইল্লকই ॥
য়াওক্ল সংঙাই তুবান শা, শাদান্বনা কোয়বগুম
মাংতুংদা খম্ববু-মুক কোয়শিল্লক্লে সগোম্না
লমজা মানা—"হন্দক লাংগোই তোংবা মঙাসি,
হেন্দোক্লদি লোইরেকো"— খুমন হেনগে হায়দুনা —
থোংখাং অদু যেংলোমদা থৈগদৌগুম উৎলকই।
মঙাদুনা যেংলোমদা খুমন থৈগ্রে হাযদুনা,
থৈরকপদা যেংলোমদা থৈরে নোংযাই ৎইগোমদা।
খম্বা লম্বী মচিদা সফু কন্না হাইথরে।
খোইতক তৌন' কোইরিংঙৈ খোংফম মঙা তরাদ,,
খুমন লম্বী লমখুন্দু তাত্রিংঙৈদা তুংদগী,
সগোম তোংবা তরাদে। লাংগোন চিন্দোম হেঙ্গংখ্রে।
মথং মথং লেংখরে খম্বা কাবা যাদরে।
অতোংবদা শগোম্না অকুৎপদা খম্বনা
খুমন খুদোং চাদরে। সগোন তবা মঙানা
সতোংবদৈ লামদুনা ফুরে শাজৈ অদুনা।
খুমন থমোই অদুদি খাম্বী মওং ওইখবে।
মোংযাই মাযোক্লবিবা লাংগোই মাগী নাক থংদু,
লমজা খুৎনা পাম্বখরে। খম্বা খংজিং চিংখরে।
খোংফম লৈদা থিন্দুনা চোংখৎলকপা অদুদা,
তারে লম্বী মথক্তা লাংগোইশিংগী মবক্তা ॥
নোংম্নাই মখুৎ অনিনা গকুড়গী শাগম-ওই
নাক্ য়েংতা ঙাকথোবকই। লাংগোই মযাম অদুনা
পুম্ থৎ-থৎপা ঙমদনা খুমন মামা চেল্লকপা,
খুদেকপীদৈ কাঙ্ পোকপী নোংয়াই তম্না য়েংখরে।

লাংগোই ময়াম ওইবনা সাজৈ কোয়না কুজিল্লক,
লমজা চেনবা য়ারক্কে। মবাই ফেরোইজাম্বু,
হল্লা য়েংই, নিংশিংই, উথিদরে মবাইদো।
খুমন মাবু য়েংলকপা সগোল তবা মঙাম্বু,
খুমন মাম্বু হুমাংনা পুম্মপ ওইনা লুপ্পরে।
নিপা তবা মঙাম্বু মমিং তন্দন পাইরক্লে॥
খম্বা পাংগল হল্লক্লে। "থোইবত্রেদনা লমজেন্দি,
য়াগদবা লৈতরে। ময়াম সিগী খুৎতগী
চাহাক্তদি লৈথোক্কে করি উপায় লৈবগে ?
খনখ্রে নোংয়াই মবুক্তা—"ময়াম সিগীলক্তগী
অমনিদং কোন্ননা শিরসিরা ঐহাকপো ?"
খল্লি ঙম্না অমুকম্বু—খুবমখরে মপুদা॥
"ইবাই লাকপা ফাওবদি তাঙ্গা'মতা য়েংখিগে।"
খম্বা খম্বা য়েংবদা থৌজান হৈবা মপুগী,
কপা লাইজ অম্বু ফংজরক্লে লমজানা॥
কণ্ঠপোকপীগী নাকচিদা ফুমদি অমা উবক্লে।
খুমন মাম্বু তমত্নুনা লৈথখবে কুমখরে।
সগোন চংবা য়াদবে—মযামত্নুনা খল্লরে—
"খোংনা চংবা য়ানস্ব কুম্মুত্নুনা কাম্নদে,
খুমন মানা লাকচনি থোক্কে আত্তায় মকস্র
নোংবান মরন্ চারুবৈ, য়েংপা মাবু থোইহনবা
সিনা লোইবে কাম্নদে লৈরসন্নু নোংয়াইসে।"
ফুমদি মথক্ত অত্নুদা লেপ্পত্নুনা খম্বনা -
"হৌজিকতগী চেল্লস্ব ফংগনিদো নোংবান্দো।
ঐগী মীনি হায়ত্নুনা লাক্লগদি অমতং,
সগোন তবা মঙাগী মাংদা খোংকাপ অমতং
থাজববু ঙমত্রবা পেম্বগদবু ইপুক্লি

লাকখিদবে ইবাইস্মু—( কংলাপোংদা য়েংলগা )
ইপা খোংলেন অথৌবা লাইগুম্বদি ইপানি।
মচা সুম্না রাখবে ফাওদ্রবোইকো ইপাদা।
ইমান চাওবা নোংখোম্বা ফংদ্রবোইরে লৌশিংনা॥
পলেম শকপী ইচেমদো উরিবোইদো মহাক্তি।
মাগীদমক খম্বনা চেঞ্জবনি লমজেন্সে॥
নিপা ভরা মঙানি সগোন তোংবা শিংসিনা
ঙম্মোই ঐবু হাংপদি খোমজিল্লক্লগা গমুক —
সিদই হেম্না রাবদ্রা। লাইবক খিদা লমজাদে।
রাগ্রনিদা ইচেমদো ঐগী রাবা উরগা,
বিধি কৌবা লাই! নংনা তোম্না শেমগ্রেদা ঐবু॥
মওন মওম খনবদা নুংঙাইখিদ্রে লমজাদো, -
মিৎতা পিবু তাখবে থনোই অদু চাকখরে॥
ইকাইদুনা খম্বনা পি দু শংপু তৈথোকই॥

৩

মোইরাং উত্রাদগীনা লেংবা খোরে মীয়াম্মা,
লমজেন্ যেংবইদমক্তা। লেংখোক্লে মজাইবম্মা।
থোইবী খম্বু সেন্নুনে, সেন্নু খুৎতা রেসমগী
সনা কোংগোন থিল্লবা সাত্তিম থৌগন্ তৌদুনা
ঙাইবি লমজেল লাকপদো মোইরাং খাবি লমজাওদা।
কোবৌ বাংনা শাংখিবা থাদোই নৈরাং ওইবীবু,
খম্বু—অনি মক্তনা, য়েংথরকই কাক্তাবোম।
খুমন কাক্কু লমদমদো লৈখোং তানা লৈচিন্না
শাংথ লেংথ তাখবে। কোরৌ থক্তা. লোউপম্ কুম
মুনা অমুক উপথবা, লৈচিন্দুবু উরক্লে॥

"কৈনো য়েংসি" হায়দুনা খম্ব থোইবী অনিনা,
চরোং লাং পাদয়ে। কাবন তারে লাংনা-দো
মচা তানা কাংখন গুম চিথেক মাইনা তাদয়ে॥
থৌদৌ অসি উ-দা খুবৌ চেল্লে উবনা—
নুবা থম্বাল মাল্লবী মাখ্রে মজাইংবম্মদো।—
'থংলেন মাঙ্গ পাম্মুবা! কমদৌসিগে ইবুংঙো!
কেগে মোইরাং মচানা লোয়ম শীংখোং কাহুদা,
য়েৎলংনা মহাকপো! পোন ওইবীনা ননাওনি,
চেল্লা ওইবা মংনিদো। কাক্লা লমজাও অহুদা,
বিধি কৌবা মহাক্লা বরম থাদোকপিখ্রবা!
পন্থৌ সগোম শংদগী পুক্রিং তাবা লাংগোই খন্ন,
লাংগোই থক্লা তোংদুনা বরম হৈনা ইনফ-দা,
মজা মদোম কাক্তদা থাদোউবা ঐসিনা।
হঞ্জবত্র ননাওবু ভমগদরা নিংইদো!
থ লেন নংগীদমক্তি করি ভমদগদগে!
থংলেন কাদা হৌজিক তা লোন-চংনগুম থোকপনে।
লেম্মৈ মানা খাঙ্বাংগে, নিংলকপদা লাইজ্রনা
াগী নবোম থিংবগুম লেমৈ ক পনবগুম
থোকখ্রেদকো ইবুংঙো। মাঙ্গ নংবু কবম্নো।
গুপী ওংনা পোকপনা তোনখ্রে মুজ ঐহাক্তি।
নিপা ওইরমদুনা -লাংগোই অমা তোংলগা,
লাংগাই কারনং লাকতুনা, ন কথাং-খুনেৎ থিন্দুনা,
থোথদুনা কাক্তাদা পন্থৌ পানা পাম্বোম নি,
পাথং নংগী দমক্তি লমজা হাকন্নবদা
কেগে কাক্তা লমদমদা যাইবী মাংঙে হাযবশিং,
মুংঙাইখ্রনিদা ঐদে' থোক্লবদি ননাওবু।
মাবি 'থুং ঙা নহাকপু মোইরাং ক ক্তা লমজাওদা,

অমন্-থরৈ কুম্মরা ; বারেদকো ঐহাক্ত।
বিধি কৌবা নহাক্না করি মুংশি হৈতবা,
লাইধক চাওবী থোইবীবু সাগন ভুকাং পিদবা !
চেক্না চাবু ওইহুনা পাইফদবা করম্না !!
মোইরাং থাংজিং কোইরেল লাই !
পাল্লোইতাম্বা লায়নিংথৌ !
হৈরম-লৈবা কংচবি লৈ-ম-লৈব থাজবী,
নম্ম ঐনি থাংজিং-লাই ! ইমান খুম্নৌ চেনববু
কোকপিয়ুগবা নংবা—!!" খুরমথরে থাংজিংবু ॥
লমজা খম্ম্ লাইরবী, খুমন মাগী খনবদা
লেবা ওমস্রে বাবমা—"খুমন নংবু ইচেম্না !
নিপা পাঙ্গল ওইহুনা ওমদে নতুং ইনবম্ম।
লমজা নপা চাদনা করি লমজেন চেম্লুবা !
খুমন নংনা মাংথ্রগা পাঙ্গল শোনবী নচেম্মু
য়েংবিগনি কমানা ! কাক্তা লমজাও অহুদা
খুমন কৈদোববগে ? নোংথাই মাইকৈ যেংবদা
নুংঙাইতরে ইচেম্বো ! ইহু নিংথৌ লাকওবা !!"
কপম্রে খম্ম্ মচেমদো। মোইরাং থাম্বি লমশাংদা ॥
নুরা নচেম অহুনে, নিংথৌ মচা থাদোইনে
খুয়োম কথেন লমদমদা লেপ্ন-কংবা উগুম্মে ॥
ফুবালাগী মুরারী তনবা মমিং চংলব,
চাওবা চেংলৈ লাকপগী মোংথোন মাগী লোইম্নি।
তনবই জানা তনখরে—শিঙ্-থাহুনা কান্নদে ॥
হৈবোং পাম্বী মখাদা লোংখাক লোংনা হিপ্নদা
তারকপদো ময়াদা মুন্না থুন্না হেবোংদে,
শাযদে হেক্তি তন্বনা মখদাংহু লেংনিংদে।
মীবু খব লেংবিয়ু নেকই অমুক মীচোন্দা।

অহনহুনা "ইনাওতোন। ইচা থারা পান্দেদো।
থারাপিগে তৌবনি। অপোকপনি শোয়ররোই।
অথুম অহাও থাদোকসি। তোম্বী নংবু কুবিরে।
চংলো থুনা লৈরুরো।"— "ইচেম্মা কম্বায়নো,
সেন-মঙাদা পিনখো? সেঙ্গাও ফমুংদা লৈপ্রে॥"
মচেম অহন অহুনা সেন্ অহু পিনবিরে।
লৈরে কংলে কবোক-তু পুখম'মদা হাপ্তুনা।
থাবল্লগা ফমাংদা থোক্লে ময়াম মাঙ্গোন্দা।
ময়াম নিম্নবহুদা মমিংপাংই মুরারি।
উরে। কাংখন মম্মুংদা কবোক অহু লৌসিল্লে।
শাইগংলক্লে লোইদৌবে। মুপী অহন অহুনা—
"তোম্বী কবোক কাইকুরো।"—তোম্বী চংজরকপদা,
চারিবহু তাবদা কিরে, অমুক তাকউরে।
ময়াম থাপ্লক য়েংবদা হিপ্লিবদো উরক্লে।
লঙ্কোনবা লাই, তাথরে লোঙ পুরকউ হায়হুনা,
তোম্বী লোঙ-হু সংথরে। থাপ্লপ লেপই অহুম্না,
ফমুং অহু তমহুমা থিনগদৌরে লোঙহুনা।
মুরারি মাংঙে সিদে লাঙরে, -"ঐনি, পাপী শা।"—
অহুম অহু ঙকথরে। কোম্বোং হাংবা কাওবগী
লাল্লে মুপী অহুমদো। অমুক চংলো হায়হুনা
কোম্বোং কাওবা থিন্দোক্লে। লমজাও য়োবে মুরা
তাওথোংদগী নিপা'ম্না লৈজে মরৌ সুহুনা।
লাংগোই তোংবা মখৈনা খুমন মাবু য়েংলিবা,
কংপোকপীদা কোয়বদো উরে মোইরাং নিপাদো॥
মুংঙাইতবা পম্বেংলে। "মাংঙে তারে ফরেদো—
ইরৌ অসি কংসম্বু, লমজা খুমন মচাগী
শম্না'মতং ঐহাক্না য়েংগে চমত্রা তেংবাংবা।

উত্রা তাম্না চেল্লগে চাওবা থোংলেন অনিদা,
তমগে খম্বই মবাসি—" মাগী মখৌ হুন্দোক্লে,
কংপোকপীদে নিপাদো চেঙ্খৎলক্লে উত্রাদা॥
খুমম মাবু তৌহৌবা মতা অদু উবদা,
লৌরিংঙম্বা নিপাদো, লৈখোম লৈমাং অতুগা,
চক্ক খুদৈ শেৎতুনা লৌখাং ফুরিৎ অহুনে,
চংগে তুগে উত্রাদা নিংঙকপনি মবুক্তা।
লৈপাক উরকপতুদা মবুক অদু ওনবমা,
"কনাগুম্বা অমতং উববদি উত্রাদা,
তুংনগেবু হায়ববু উখিদরে করম্নো!"
খনা খনা চেল্লকই। উরে মুরারিহুবু॥
'চাওবা মাগী লোযইন্নি" খংলতুনা নিপাদো,
কোরে, হাযরে মহাক্না মুরারিদা লোইনবা।
"শোইদ্রবরা ইয়াম্বা মংগী ঙসি বাসিবে? '—
'শোইদ্রে মুরারি ও—চংলো থিল্লে তাকউবো।"
শম্নবক্লে, থিন্দবে মুরারি চেঙ্খৎলক্লে।
চেন্সিল্লকই উত্রাদা চাওবই মনাক অদোমদা।
চাওবই মনাই মখৈনা - -"যৈযু ইঙাও ঙাওশিনৈ,
লোংপা মখৈ লোৎলগা ফিংসিল্লবা, তাৎতৌবা।"
ফুগেতৌবে মুরারি। যৈযু হাযবে চাওবম্মু॥
মুরারিনা—"অঙম্বা! কেগে লাল্লোই ফম্নাইবা!
লমজেন পাওনি তাবিযু। ঐবু কোম্না য়ৈবিযু।"
খম্মে চাওবা ময়ামদো —"হায়ু তাগে" হায়বিরে॥
"ননাই ঐদি লমজেন-হু নমাক মতুং ইন্নকই।
× × × × ×
সমৈ লাংদা থুহৌরে অম্না লাংদা নপহৌরে।
কোম্নাই লাংদা চংহৌরে, ইকাই লাংমা য়ৈহৌরে।

নমাক ইবুংঙো চেক্লা, মঙ্গোদে লাংলী থংপা।
চেক্লা নাংগাইবিক্লখো। ঐনু পোম্না য়ৈবিয়ু॥"
হায়না নাগুবে চাওবদা মুরারিবু পেনখবে।
লুপা ৰাইথু পিশিরে সনা ৰ'ইখু অমগা -
"কানিংলগা কাজবো কানিংদ্রগা তোকখোকউ
ননিং তৌরো মুরারি।" হ যদোনপীরে চাওবনা।
খিন্দ্রে মুরারি কুমখ্রে—"যেংউ যংউ নহাশা'
নিপা ওইবা হায়বসি, নোংমা খুদি থিবদা
বেংসে, তে, লৌসিন্নু, তোম্বী হিদাক হাল্লকউ।
কানিংলগা কাগনি কানিংদবে তোকনি
লোযইন কোক্লে নুঙাইবে। ভুমগে মজগ লোম্বংনু "
তোম্বীদুগী যমুংদা মুবারীদু ভুমখরে।
ৰাবিপুম্বা তাবদা মুপীশিংদু নুংঙাইরে,
সনা লুপা ৰাইখুদু কাযথোকতুনা চ'জরে॥
মুরারীগী পাওদগী চাওবা থোংলেন মনাক্তা
চংখিদুনা ওম্মুরে। থোংলেন মাগী ভোজোন্দা,
খুমন মচ অতুনা মখোং খুবৌ চেনবদো,
উরম্মে হাম্না মানা— সনা যেৎথাং থোগন তৌ'॥
চাওবা সনা চরন্দা—"ইনিংথৌবু ননাই ঐ,
কৈথেনবাবা সিফাওবা, লশ্নি থোংদা ফংহবা
যেংজক্লগে॥" হায়করে। "ফৈ ইপু য়েংবিককো॥"
তাকপিবক্লে নিংথৌম্ভ শিক্লম্মি চাওবা মন্তাও,
থোংলেন লালোই তাম্বদা, ফরে চংলো হাযখবে,
থোংলেন ইংগিত তৌরকই। চেংনৈ লাকপা থোরক্লে
নোংবান পোকপা খাদ্রাকপা. চাওবৈ নাবে অতুদা;
উবে লোইনা লম্বীদো। খাদ্রাকপম্ম হৃংগংলে।
চংলু সনা যাথংদো ফংলতুনা থোবক্লে।

সগোল অময়ম্ তোংলে, চাওবা খাদ্রাকপা অনি,
নচা মচা ওকউগে কখেল লোমদা থোররক্লে ॥
মবুক মবুক নিংছুদা হোন্নে হিরম অময়ম্।
চৎখরক্লে অনিমক খুয়োন কখেন য়োঁররক্লে।
চাওবা লাকপা উবদা খংই থাদোই মহাক্না
"কাক্না য়োঁবা খোংফম্নি।" থাদোই মানা কৌরকই।—
"ইপু সোমদা ঙাহাক্তা।" চাওবা মদোম চংলকই।
থাদোই কনা খংহন্দে পিরে পাম্ন চহুম-হু,
খন্দোক্তুনা অহুমথক। "ইপু সিনা ইপুগী
সিমা নমাক খুমনগী,—লোয়গনি সিমনা,
কোংয়ানবদা পিবিয়ু। খংঙবরা অঙম্বা?"—
"খংঙে মজা ইবেম্মা। ইপু চৎলে লৈহৌরো।"
চংখ্রে চাওবা খাদ্রাকপা, কাক্না তান্না কুম্মক্লে।
থাদোই খয়ু অনিদো চাওবা মাবু উবদৈ
কোক্লে পুক্লিং অরাবা—। চিংউ মাবু নিংহৌই ॥
মপা মপন অনিগা নোংবান মাগা থেংনরে।
নোংবান উবা মতমদা "শাগৈ নৈতান অরাবা!
অঙোম ইগী ওইবনা, চেক্ত চেক্লিল্লরগা,
মহাগী'শাবা হায়ত্থনি মুংঙাইদ হাই সেলুংবা।"
খাদ্রাকপদা অমুক—"নচা ওইবা মরমদা,
ইনিং তৌবা য়াদেদো, মুংঙাই পেম্নে ঐহাক্না;
পান্ন মতপ্ অমতং লান্নিংইদা নোংবোন্দা।
পাম্না হায়বা অসিদি কোক ফিংইদো তম্‌ঙম্‌দে॥"
চাওবই মরা তাবদা—করি র নো লানবিয়ু
করি বেরা লৈতেনা, মপা পান্ন পিবরু—।"
হায়জরকই খাদ্রাকপা। চাওবা—ফরে অঙাংসে!
পান্ন অসি ইনবিগে; মজাইবেম্না পিরকই।

হায়বিক্লরে লোম্লক্লা। নোংবাম্না—“ইপন’বুংভো-”
হায়রুম্না মরাহু হেক কাথোকই। নোংথোম্বমা—
“মুংভাইরেদা পাপী নং সিরাইদগী হেল্লমু।”
পাম্ন অদু মযাদা থাদবিরে নোংবানগী॥
পাম্ন অহু নোংবাম্না প্রোক প্রোক তন্না শায়রুনা,
অহানবা মহিহুবু যোংথবক্লে কোংযামবা।
নোংবান খোইদৌ কোম্থংলে। অমুক তন্না যোংপদা
মুন্দা লৈখ্রে নোংবান্দো। চাওবা মানা হাযরকই—
“ঐদি মখা অসিদা লৌ অমতা য়েংভক্কে।
ভাহাক্তনি চংলম্মো।” হাযনা চাওবা থোথখ্রে॥
কৈনৌ লবুক য়োবদা মুরাবীবু থাজবে।
খম্বা মাবু কোযবিবা উবে চাওবা নোংথোম্বা॥
“শাগৈ মচা য়াওরিনি, থুগাইরগে হাযহুনা,
লাওরে চাওবা খম্বদা-“পাবি নোংযাই ফারম্মু,
শাগৈ মচা অমতা। মোইরাং লক্মেন তুহেন্বা,
মশক খংগে নিংবদি ওসি থোক্লে ইপানা॥
নপা থোংলেন লাকহৌবে। মরাম ওমদরবন্থ,
অমতদি নহাক্না লংলা লংজিন ওইনসি॥”
মযাম কায়’না চেন্নরে লাংগোই থক্তা চোংথংনৈ।
শোই তোংবা নিপা ’মদি সমৈ শবোক এন্নবে।
চোংথংপগা তাথরে, হাঞ্জিল্লক্লে চাওবনা।
চেনখ্রে শগোন অহুদি চোংখ্রে মাদি ইশিংদা।
শক-থংভনি হাযহুনা থংদনবা লুপখরে॥
“নশক খভেভ খংগনি নখুম কুকপ তৌগনি।”
লাওই ইশিং মপান্দ ; তাব, মা-ইশিং মলুংদা।
ক্রুং ক্রুং লাওই ইশিংহু খুম্মি মাম্লু মলুংদা॥
“পাপী মচা অসিবু ওমগ্রবরা যোংবাল লাই।”

লৈতুম অমা ফজনা লংথরক্লে মথক্তা,
নিপা দুনা খংদুনা কুইনা লুপ্‌শিল্লকপগা,
তাওখৎলক্লে কোংলাওনা। "পাপী মচা হাৎলগে"
লাওই চাওবা অমুক্না - কাখৎলকউ য়াদরে।
অমুক লুপক্নে চৎখরে। কংজাও পোকপী দুদগী,
কংজাও অমা তুপ্তুনা লোংখ্রে কাচিন অমদা॥
"থিল্লবনি কাম্নদে পাপী লৈহৌরসনু।"
থম্বিরম্মে নিপাদো—তম্মে খম্বা চাওবদা—
পুক্লৈ পোকপী লমদমদা খুমন মাবু য়েংখিবা,
মবাই সগোন লৈহৌবা চিৎথদনা লোইনবা॥
ফুবালাগী মুরারি মাদি লমজেন ইল্লি হায়,
খুমন নংগী পাও অসি তম্লবনি মহাক্ন।"
মকুই বাদু তাবদা কনগে নিংখ্রে খম্বনা—
"চুম্মি ঐনা কাওরুরে মীয়ামদুনা য়ৈদুনা,
শিগ্রবোইবু থল্লুরে, ইঙ্গরম্মি ননাইদো।"
হায়বা খম্বৈ বা তারে। চাওবা মবুক অদুদা
পেনখ্রে মুরারিদুবু. মমাক তেংবাংলকপগি॥
"খুমন থিল্লনবনি ইকুই সমৈ য়াম্নুনা,
চেখ্যৎলসি" হায়রক্লে। খুমন মানা—"ইমানবু
অসাই ইবাইবুগোগী, লাংগোই সমৈ পায়বদা,
খুদোং চাদে ননাই ঐ, তল্লপ লাকচরম্মগা,
ইশেন ইবাই স্থুরদি স্থকম্থু লাকচখিরম্মোই।
ইমান যোতোন তৌবিয়ু লাংগোই অদু থোবিয়ু।
ঐনা খোংমা ভম্মখৈ চেক্লিম্নবু ইঙ্গগে॥"
খম্বৈ মরা তাবদা পেঙ্গখরে চাওবদো
খুমন মানা সমাওওই চাওবা শম্বী ওইরক্লে।
লম্মাংনবা শনাওবু তাওবা হুইনা কোয়বদা,

মপী থেংনরক্লনা তাওবা নযাম তাথাইরে।
মপী মখোম থকচরে— সনাও থৱাই হিংজরে,
মচাই পাঙ্গল হাপখরে। চাওবা মানা শাইরকপা,
পাম্মা তন্না ইনবিবে, ভক্শম লুম্নাংকোন্,
মোংযাঙ পাঙ্গল হাপখরে। চেনখবে কনৌ লবুক ফাও॥
পুৗল্লপোকপা লম্দমগী নিপা তাবা মঙাদো,
অনা লোযবে অথাম্বা অমতনি শোক্তবা।
অমত্নুনা মযাংদো মাগী পুৗল্লে হেক্রে॥
"পুৗল্লে নপোৎ অনমন্ হেক্উ ঐগী দমক্তা
যাদ্রবদি তাক্লনি মোইরাং চাওবা মচোন্দা।
খুমন কাদা যেৎপানি।" তম্মুগনি হায়বিরে॥
মযাম অত্নু কিবনা মাগী পুৗল্লে হেক্লুরে।
ফৈবোইজাম্বা লাকপদা মখোই খত্নু থেংনরুই॥
মতা অত্নু উরকই —হংই ফৈবোইজাম্বনা
ইন্সাং থিবা লাকপনি খুমজনকই মযামদো।
ধর্ম্মে মীচং চংহৌবা নিপাত্নুগী মতোল ওই॥
নিপা তরা মরিংদো মানা হাযদা ইনখরে।
কুম অমগী চানবা পুৗল্লে ফংখ্রে নিপাদো॥
ফৈবোইজাম্বা চৎথংগ্রে পুৗল্লে পরেং শাখরে।
ইশিংদগী নিপাদো কাখৎতরে কিবনা,
মীখোন তারিমখেত্নু লৈরে অত্নুম লুপ্তুনা॥
মীখোন তারকত্রবদা কাখৎচরে যেংজর।
চংউরগা খংভনি হাযবত্নুগী কিবনা
মফী মরোম ফোত্নুনা লৈরে লমদম 'তুরাহদা।
হুমিংতাবা ঙাইত্নুনা লমজেল কুপ্নে য়াওদরে॥

# ৪

"নোংযাই মুংশা থিরমু নতাও নোংবান অদুদি
যাবন্মরোই চেনবদি, যাই থাবম্মে ইকুনা ।"
হাযবহুনা চাওবনা নমাক পু'না চেল্লকপা,
যোরে বাং-পোকপী লমদম। ফৈরোইজাম্বা ফংঙরে ॥
খুনন ইবুংঙো খম্বা! ইবাই পাওদি তাবক্লে—,
ইপাইবুংঙো কমদৌনা—" হংজকরে মপাদা ॥
সিনিদুনি হায়বহু হাযনরে অহুমদো ॥
শাইররোইদ উহুনা মোইরাং চাওবা লৌশিংবা,
নবাই খুংতা মসেন্দো সিম্মরম্মে -থৌগৎক্লে ॥
সতা ওইবী থোইবীনা হ্রাশক্ক্ুনা তপ্লকপা,
খুযাক অনি পাক্লব হিদাক মমা অদুনা,
মংগন মক ফংখিদা তাসিনখিবা অহুনা –
৮ ন কাক্তা তুখুন্দা লাংবন খরাই ওইবম্মে।
চাওবা মখুজীন্দুনা চিরোং খোংকৈ থাক্লবে ॥
.াল্লে নোংবাম অদুবু চাংগ্রং প্োকপী সোযকমদা
খনে.দো থিংহুনা। খেংনকরে চাওবনা।
চ ওবা লাকপা উবদা—'নচা লৌথোকউবনি,—
তৌনবদি সি সি-নি।" তম্মি নোংবান মপাদা।—
"দুদি নোংবান চুমদ্রে নং! পাপা পাপ্ল চাবনি।"
চৈ.র মযম অদুদা অঙোম নিংথৌ মচাবু।
চ ওব। চংশিল্লক্ক্ুনা "ঐদসু হল্লকএনে!
পা মচা অনিদি, কৈদোবি হৌজিক ফাওবা?"
খা ে ম নিংথৌ শাওবনা হাযনি হাযবোই খ দবে—
'অ ান্দগী শিক্রুখাক, মুংশিদনা মুংশি শা!
ন না তৌবা মৎতবা—পাম্ন পিজবিহুনা।"—

"ফংচরমগ্রগা নচাগী মশাই মুংশিৎ, অদুগা
নংনা ঐবু নং হায়'দি—নয়াম্বনি হায়রগা ।"—
"হায়দ'দিনা, নচৎনা হাম্ববিবনি কৈদৌনি ।"—
"নপা করি ওইদুনা –" হায়না চাওবা মখুত্তই
শগোন শাজে অদুনা ফুবে অঙোম নিংথৌদা।
খাম্রাকপা, চাওবা নোংথোন্—যৈনরক্লে শাজেনা।
নোংবান খাম্ব ঙমদরে যাই থাবা ঙাঙুমখরে,
মকোক অদু ঙাওবনা মমিৎ তক তকপাং,
লৈরে কুম্মৈ য়েংদুনা। তুংদই ফৈরোইজাম্বনা
মপা মতোন খৎনবা থৌগৎলক্লে উদুনা ।।
মসেন অঙাং যেংপগী লমন শিংগে নিংখরে ।
লাংগোই কারন লাকতুনা ফুজিল্লকপা অদুনা,
খাম্বা শাবে মচিন্দি ফৈরোইজাম্বা শাজেনা,
খাম্রাকপগী মরেংদা ফুবকপবু, অহন্দো—
চাইরেন কেগাম মৈন-চিং, অঙোম নিংথৌ পেখরে।
নাথ্রমাল্লে খাম্রাকপা মপি ঈবা চেনখরে ॥
"পাপী হাংলো নখোইগী নপা নচা চংদুনা
করি তোকই যৈখোনা" কপখ্রে অঙোম নিংথৌদো ॥
"শাগৈ হায়দোক্লবনি।" শাওগ্রেদা খাম্রাকপা।
ফৈরোইজাম্বনা—"খুরা ইবুংঙো হুজিক্কিদো,
তোগে তৌবা নৎচদে—শোইগ্রবনি" হাযরকই।
"পাপী! পাপী মীনম্বা নচীন থিবা মক্লদো ?"
চৈবে ফৈরোইজাম্ববু। "মীনম্বদি ঐ নত্তে,
মীনমদুনা ঙাংবদি খুরা ইবুংঙো খোইদনি ।
ইশেন অঙাং খম্ববু কাক্রা লমজেন য়েংলম্বা,
'লমজেন চেনবা য়াদরে' অঙোম খুৎনা মীনম্বা।'
ঙসি সনা মাংদুনা মীনম্বগী মীশক-তু,

খংগদবা কুইদরে।" থুম্মি সৈংবাইজাম্বনা ॥
রাকম অসি মৌবদা মরৈ লেপ্লম্লে খাদ্রাকপা,
মানা শাওনিংউবদো শাজৈ চৈনা খোন্দুম্লু,
পান চাবই হাক্তম্লু পুম্নেম ওইনা নেমখবে।
মাগী মরান অদুনা মাগী শাওবা কোকখরে ॥
মমিচুদা খাদ্রাকপা—"ফৈ ফৈ ইবো। রাদবু,
হায়'নি যজববদো।" হন্নরক্লে খাদ্রাকপা।
যৈনবদা তাকবা মাগী শমজিন অদুবু
মদোম লৌনা হাপচবে, মনিং মমাং ওন্নরে।
অচনদুবু ফুকবা ফৈরোইজাম্বা নুংঙাইত্রে।,
শমজিন অদু শেম্বিরে—ওখাক মখি তেনগুম,—
"লেংখৎপিবম্মো হান্না খুন্না ইবুংঙো খোইদি,
ইশেন ইনাও অনিবু পুজবক্লগে ঐনা।"
ফৈবাইজাম্বা হায়রক্লে। যারে অঙোম নিংথৌম্বু ॥
অহন অনি থৌগৎল্লে মপু উত্রা যৌনবা।
ভাঙ্গ কথেন যৌবদা চাওবা মাবু উবদা,
মজাইবেম্মা থোইবীনা হৎবিরক্লে চাওবদা—
"ইপু চেংলৈ লাবপও! ইপু সোমদা নম্বুনা—
তাংখোং খোইথাকববু, করি ভাবু থুহৌই?"
"তিম্বোক যাংদৌ চোংবীচা লাংগোম খোইদৈ লাকহৌবে,
মমু চাকুরাই থৌনিদো। লৌথোক্লমদে ইপুদি।
রাকবমু॥" হাযরগা মোইরাং চাওবা মহাক্না—
খুবাক খুনম ওল্লম্মি। থিংগংলম্মী খুদোনবী—
মজাইবেম্মা থোইবীদা—ডুগা অদুম থৌখরে ॥
খম্ব থোইবী অনিনা লৌনহৌরে পাও অদো।
মোইরাং চাওবা যৌখবে মপু মোইরাং নিংথৌদা ॥
"মোইরাং লমজা লৈহৈত্রে মপা মমা লৈতবা

যাওফদরে লমজেন্সি।" মোইরাং নিংথৌ খংখবে।
"যেৎপিববরা ইপু"—"যেৎ যেত্ত খংখিদবে,
লৌথোকচরুরিসিনি।" হংগৎখরে চাওবনা।।
খম্বদমক শাওখবে—মোইরাং নিংথৌ মবুক্তা।
"শোইররোইত্রা হৌজিক্তে?"—
"শোইররোইদো ইনিংথৌ।"—
"কমদৌহৌই কনানা?"—"ধর্ম্ম কায়জদবনা
লাইগী রাযেন হাযতুনা।" হংনখবে উত্রাদা।
নিংথৌ সনা পুক্লিংদা "খম্বা মানা থোইসনু।"
থাংজিং লাইবু খুরমই। মোইবাং চাওবা অমুক্তা
লমজেন থৌরু হায়তুনা তাকপিবকই—নিংথৌনা।।
খাত্রাকপসু হংগৎলে—"অসাইদোনা তৌর'দি
মাংবা তবে" হাযতুনা খাত্রাকপসু হংগৎলে।।
নিংথৌ যাথং খন্দুনা, চাওবা, খাত্রাকপা অসি,
থৌখবক্লে অমুক্তা। মোইবাং দোলাই পাবনা
লমজেন লম্বী হাইদোক্লে। মোইরাং লৈপাক তিল্লক্লে।।
থিযাং মীচাও য়াইফবম্, হৈরেম থৌবা মীতুরম্,
থোইবী মনাক যৌদ্রিষ্টে হাওদিবীদি খিজেন্দ্রা
চাওবা সগোন খামখরে। লমজেন তুবু ডাইখরে।।
লীখিবনা কুইকবা থাখিবনা পাকপনি।
থোক্লরিবা অপুম্বা কুইব নত্তে মযামসে।।
খম্বা নোংবান অমিদো মতম অসি রাইদদি,
লৌ পবি অমগী মযুং মক্তা লাপ্পবে।
খুমন মানা তাল্লকপা কংগদোরে নোংবানন্দো।
তেরা নেকচেৌবংবী খমৈ কোন্দা লৌ লিংই।
খুম্বক খুঞা অনিনা গুপী হুম্ফু মরিনি।।
লমজেন তুগী রারিনা পানা খাইথোক তারকই।

"খুম্বক মুপী নহোংগী খম্বা হাযবা অত্নুদি
কেগে কাক্তা ইরক্তা লময়েন ওন্না চংখরে ॥"—
"খুম্বা মুপী নহোয়গী নোংবান হায়বা অম্নুদি,
লমওক লাবা ওন্দুনা কাক্ত হুপচিং অত্নুদা,
লৈহৌবে হাম্ন নিন্দুনা কাওথুম খুম্না চাহৌই ॥"
অস্নুম খৎনমকপম্বা মক্তৌ অমা ওইরক্লে।
ইশৈ ওইনা লাওনরে-- "তুবেন ৱাংম-সংখুবী !
শৈদারসি ইশ খুম্মু ॥—তুবেন ৱাংমা কীম্বুবী।
ইশ-হৌবকউ শৈ-খুমগে।" হৌনরকই ইশৈনা ॥
"নহাবী লৌকুম ঙনবী! খুৎলং লৌকা মান্নসি।"—
"কোম্না থাবা লৌহোন্দি লিংবিবনি কনানা ?"—
"কোম্না লাকপা লৌহোন্দি লৌতা থেংবি' লিংগনি।"—
লৌরং খুৎলং ইশৈনা শরুবক্লে মযানদো।'
সুয়া হেঙ্গৎনরক্লে—"ৱাতোন' তোংবা চবোইগুম
চচোবীদি চিস্থিবী।"—"চিংদা হৌবা এন্দং-গুম,
লুখোইবীদি শকথিবী।"—ৱাহৈ অসি যৌবদা,
খুথা তোরো চোংসিনখে খুম্বক পারবতীগী
নশম খুদাং যেৎখরে—ময়াম হৌরে হৈনবে ॥
মুপী হুম্ফু মবিনা থিন্নরকপা অত্নুদা,
অওল লৌদ নংতরে—লৌনি শাবৌ ঙাবৌগী।
লৌ পরি অনি মৱাক—লৈনাং ওইনা তাখরে।
খুংগদবা তোং 'মতা ঙাইরবনি লিংবদা,
লৌহোন মনা অমতা উথিদরে লৌহুদা ॥
অৱাংপা লৌহোন খর পুরহুনা লৌপুদো
কুম জরক্লে লবুক্তা ময়ামহুনা যোমশিল্লে।
নরৌ অসি শিংবিগনি অস্নুক খোকই হায়বত্নু।
বিচাব তৌখো হায়করে। কম্মে নিশা অত্নুস্নু

মখোং খুকউদা থম্মে। কৈনৌ বাযেম তৌরকই
"মুকয়াম্বা খিবিক্সিবু, ইবা মি লৌপু ঐগী,
কমিনা অতৈ সিদি হায়নবা বাগী মতাও,
কৌবোইবেদো খংনবই। ঐনা চংথোকভরবা,
খামগদনি শোইদানা চংথোকপনা লানবনি।"
হায়মরিঙৈ অসিদা খংহোদে মতা'মনি—
ভাওথোং-লেপ-বাংবীগীদি শমজি থোংকম তুমক্তা,
খুৎলাই ভাইবম্মাল্লেদা লৌহোন অদু শংভনা,
থারে মুপী অমনা—য়ৈনখরে অমুক্তা॥
লৌপু অদু চেনখরে। লৈখোম পুম্নপ লুপ্পরে,
মুপী হুম্ফু মরিদো। মতা মোইনা উখরে॥
বারহুনা লেপ্পরে মহৈ মহৈ হন্দোক্লে।
কপ্লে তাওথোং লেপ বাংবী শম্বান্দোংবু কৌহুনা।—
মাগী পানা শিংহুনা থিবিবদা ফংউরে,
নেৎশিল্লম্মে লৈখোমদা চামথোক্লুনা পিবিরে।
কম তোক্লে লেপবাংবী॥ বাশকরে ময়ামদো।
"লমজা খম্বা লাকপদা খুম্বা মথৈ য়েংনরোই।"
"কোংয়ানবনা লাকপদা খুম্বক মথৈ য়েংমরোই।"
লৈবে লৈথোক্লহুনা। অভোম নোংবান ফাওরক্লে॥
খুম্বা মুপী মথৈনা—পামি নোংবান চেম্থংলো,
মথোই-দোক্লী মথোইদোক নোংবান সিয়া চেম্থংলো।"
লাইজা লৌনা চাইরকই—নোংবান মাবু থারক্লে॥
লমজা মাগীদমক্তা খুম্বক মুপী বাথরে।
থিন্দে খম্বা ফাওরক্লে—খুম্বক মুপী হেংগৎলে।
"খুমম 'বুংভো চেল্লকউ। কৈরা ময়েং তাগম্ম।"—
খুম্বক মুপী মথৈদো বাথরে থরাইদো।
শানা মমাই চোপকনি সিমগীগা বাবনে,

লমজা সাবা মচানি তুগী মুংশিরুবনে,
হান্দক চেনবা মঙাইরি সিমগীগা খম্ববনে।
মপান ফবা নোংবাম্না লমজেন মাংগ থাখরে।—
ইখোৱাংবা চেকু্ম্না খুৎলং নুপী ঙাইরকই॥
সরৎ থাজ কৌবগী পৃথি লপাক লৈমন,
সংবা চরৈ থোনবদা নাপী নাপুংকাবগী।
পুমশং ওইনা সংবদা নুমদাংৱাইগী মতমদা,
কোবৌ নোংনা মংবদা চুমথাং লীরুং খন্নবগুম,
থাংচেৎ খেরো চা'দৈবা খুমন খ্বাংদা ইঙাং ঙাং,
নিংখম্নদি ইঙৌ ঙৌ, ফীজিন্ন'মুক মচু'মা।
লোয়াম্বগী মচুনি, খদাং চেৎতি লোলৈনা।
উবেক শেক্লা নোইমিং খোই কুলৈ কুচু অতুগা।
শাবান নোংশা মাঙবা কেগে কক্তা লম্বীদা,
সাত্রক সংবা লমদমদা যাৱৌ সংগাই নদৌগুম,
নোংবান মাবু তাল্লকপা উক্লবদা পেল্লক্লে,
খুন্থক নুপী মখেদো। খুমন নংবু চেম্থংলো,
মোংযাই মাবু থৌবক্লে। অহল ওইবী অমনা—
মিনা পিবু তাডুনা লাওবিবক্লে লমজাবু।—
"হমাইবুংঙো শাজোবা। খুমন নংবু চেল্লকউ!
কোৱৌ নোংগাথরবী লৈচিন খোংনেৎনগ্রবী
নুজা শজীক মতুংইন, থবা মমৈ ৱাইখ্রবী
পলেম ইতা, নমাগী লমজা! মহুৎ শিন্দুবা,
ইমা বোব পিবিৱে ঙসি কাক্তা লমজেন্দা।—
কৈরা তাঙোক্লগম্ন ৱায়বপাঙ্গল শামাতা,
পাখং অযেং চেংববু - ইমা লাইজ খুজোকপু,
খুমন চাইগে চেল্লকউ। লাইজ সিনা চোংবদা,
লোংযাই পাঙ্গল হঞ্জিল্লু। পলেম খোম্নাং শক্তুনা,

চুঙো তাংকক ওইহুনা, চরম্ন থোগংনবগী
শকচৌ তাওজি অথুম্বা! ফুদিৎ রাইর খগুনা
খুমম য়োকচরকপগী নচেম লমম শিংজোকো
ঙসি লমজেন থোইজোকো পারি 'বুংঙো ঘাইফোকো।"
খুৎলং মুপী মবক্ত মমা মত্তা শান্নবি,
অহুন অমা যাওরম্মি মিৎতা পিবু তাহুনা,
থোবিরক্লে খম্বহ। ইথোং লাইজ লৌহুনা
চাইবিরক্লে শাজৌবু নোংম্নাই পাঙল হাপলক্লে॥
মুপী মযাম অদুনা খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা,
লমজেন থৌগৎমরকপা খুন্থক খুম্থা অনিমা,
তাবে মোইরাং তাওথোংদা। লমজেন লাকএ হায়দুনা
লাংগ্রে মোইরাং নৈপাক্তো থোইবেন মশা পাইখরে॥
নোংঘাই নোংবান অনিদো সরোংবুংদা মান্নখ্রে।
থোইনি মখুৎ শাংবনা ঙাংনখবে অনিবু॥
তাওথোং যৌরে পুকুম চিঙ, হনুবীথোং লানখবে।
মথ, মথং যৌবক্লে সাঙ্গেনবুং যাংবী যৌরে,
শেংবা শোই দৈ হাওথিবী যৌবে খম্বা নোংবান্দো॥
লমখাং সিদা লৈরম্মে নোংবান পোকপী মমাদো।
খম্বা নোংবান মান্নরি — খুরাই লৈমা লাওরক্লে—
"পাবি নোংবান ইমালৈ, কুমজা খুদিং থোইবনি,
পাংগন মযেং তাববা? পারি 'বুংঙো চেম্মংলু।"
মমায যাবা তাবদা নোংবাম মাংদা থাখবে॥
মোইরাং রা রা লাওখবে — "হেঙ্গৎখরে নোংবান্না।"
পুম্নিন ওইনা নিল্লক্লে। যবোইজাম্বা মবাইনা—
"মাক্লৌমেন 'বুংঙো খম্বা! শানৌ মবুক মুংশিমু।
ইমা লৈদো এথোইস্নু।" মনাহ রাজু তাবদা—
"অরৈবনা লৈন চেন, লৈন্তবনা লৈত্রদো,

খনবিরুম্ব ইবাইবু।" খুমন মানা তাল্লকই॥
খুয়োন সেম্নৌ ভুম্লৌখা, ভোরথেক কোচিন অমদা,
খুমন মাবু মচেম্না, খোম্লাং কাদা তাংহনবা,
পিশক পিকঙৈ য়োক্লকপা নৈরম্মি মমা তরেং।
"নোংবাম পাঙম্না নঙো মমা থৌনা থোইরনি।"
মথং মখং লাওরকপা তারে সুপী তরেংতো।
"অঙাং মসেন নত্তবা মমা তেংবাংলবোইরে।
মোংয়াই মাগী মমা নৈ করি তুমিল নৈগনি।"
হায়রকুনা তরেংতো চোংথোবক্লে লখীদা—
"পাবি ইবুংঙো খম্বা! পলেম তরেংনা য়োকপা,
নংতববা নহাক্তে। খোম্লাং নামা তরেংমা,
ইচায় মবুক থনবনি, ইমাখোই নৈ কিকন্নু।
অমতনা য়োকপ-মা, তরেংনা য়োকই নংদি।
অমুংগী গুন ঙাকউ পাবি বুংঙো চেল্লুনা!
পাঙন ঙাংজেংনববা? মমা ওইবী কনাগা
মচা ওইবা অমনা হায়নৈ শিংবা ঙম্মদে,
খোম্লাং নামই-লমনবু। হৌজিকমক লোইনরসি,
হান্দক লাওবা সিদবু খুমন নংবু 'মাখোইনা,
নতাঙ নোংবান অসিবু ধাইর খোংকাপ অমতং
অমুক-তংদা হেঙ্গংপা ঙম্নবাদ ইবুংঙো!
খোম্লাং লমন কোকচবো!! ইনাখোই "স্যা" লমথাগে,
চেল্লো পাবি ইবুংঙো! "হায়মা লাওবিরকপদা,
"ইনা নলতে নিংবদি ইমা নৈরে অসিদা।"
খুমন মবুক মুংশিরে। খুমন খোংফম নৈদা কাও,
দনা তরেং অহুনা খুবাক প্রোক খুরকপগা,
নংনৈ মুংশিং ওইহনা হৌরকপনা খোংফম্না
চিঙ্গংখরে নোংবান-দৈ, লম তরা মাখোই লায়না।

লৈপাক ৱাবা লাওখরে নোংবান চেল্লু কোংয়াম্বা!
থুমন চেল্লু শাজৌবা! থোংলেম্বী, নোংথোনবীগা,
মথং মথং থৌরকপা, নোংবানবু, লম্ কুন্-তরেং
হেঙ্গংথরে খম্বনা। লৈপাক ৱাবু লাওথরে॥
হোগায়বী লমশাং চেল্লক্লে। "অঙোম নোংবান চেল্লু!
চহি তরেং থোইরগা খুরবদি নমাইবু
ঙসি লমজেন অসিদা শিরে নোংবান চেথংলু।"
থৌনরক্লে লমজেন্দো। নোংবান চেল্লাও লাওরকই
"হোরেন থুংঙমদাইছুদা খংনগনি হৌজিক্তি
চেনখিসন্নু তৌবনি।" নোংবান মৱা তাবদা
ঙাংনরকই লৈপাক্লা —"খাকই হাযনা নোংবান্দে।"—
"কৈদগীনো হৌজিকপু।" ঙাংনৈ লাওনৈ অস্নুম্না॥
শঙাম্ব কথেন য়ৌবক্লে অমিছুনা চেল্লকপা।
খম্ব থোইবী লৈরম্লে। "ইছু নিংথৌ চেল্লুদা।"
খম্ব স্নুম্না লাওছুনা, নুবা মাস্থু খংহৌদে,
নুরা মাস্থু চেল্লুবে খোংকাপ তৱা মঙাদং।
খম্ব মতৌ উবদা মোইরাং প্রজা কপ্পখি।
অপং অশিং অপুম্বা মপি তাৱা মান্নখি॥
খম্ব চেম্থোকউবদা দোলাই পাবা অনিনা
ঙাংউই খম্ব মহাকপু— সেন্নু চোংথোরক্তুনা
কাম্লে নিপা অনিদো, পুশিনখবে থোইবীদা।
সনা যাথং থমখরে দোলাই পাবা অনিদো॥
থাদোই চোংথোরকতুনা—"ইবুং ঙাইবা কৌসিরা?
কোম্না কুম্মি হায়বা তায়! পাবুং পানা পাম্মোম-ও'
চেম্ন চেনবিরবদি— মনা ফংন' চেনবিম্নু।"
লাওজবক্লে থোইবীনা খম্বই লমজেন যৌরক্লে॥
মবাই লাংগোই শোংছুনা মসেন তুংবু ইল্লকই।

মপা মপা অনিস্থু নোংবান মুপী অহনগী
ইল্লে মবুং অতুস্থু কুমাবমগী মবাইনে।
কেগে লমজেন ওইদবে মোইরাং হুয়েল লাল ওইরে॥
লাংগোই তোংবা মখৈমা শাজে শাজে হাইনরে।
লাংগোই মশেন মশেন্না খুমাং নোংদোন লাম্নরে।
মসেন মসেন মাংদা থা মবাই মবাই তুংদা ইন,
মপা মপা নিংদা খম্, নাকন্ য়েংলোম-ওইরোমদা
চিঙ্-গুম প্রজা লৈবনে, মোইরাং নোংদোন কুনখরে.
কেগে খারি উফুম্না মোইরাং লৈপাক মিকথয়ে।
অকনবস্থু কনবগী অসোনবস্থু শোনবগী,
ঙসি মোইরাং লমজেন্দি কুরু ক্ষেত্রে লাল্ ওইরে।
কেগে মাগী কাহুদা রাম-রাবোনগী লান্দগী,
হেল্লে শরুক কয়াবু। মীচং গনি থোকখরে।
যেকউ ইরু নিপানা মঙাই থাংকদবদি,
হান্দক মোইরাং লৈপাক্তা পোক্লরিবা খম্বদি
ইরি হাযনৈ পুরাম্বা চুম্মে মোইরাং নত্রেদ্রি!
চিংউ লাইগী ছাইওন্নি শিব মাগী শক্তিনি।
সিগী লাম্বা ওইরিবা কেগে নোংবান কোংয়ানবা,
হস্থু মোইরাং নত্তেদো খোয়ুম লাইগী লাংওন্নি॥
থোইবী হায়বী সতীদো দুর্গা শক্তি লৈবিনি।
মীচম অমা য়াওনদে লাইগী লাংওন মক্তনি।
থাংজিং মামা শিল্লিদো হান্দক লীলা অসিবু।
কুম্মৈ সিবু য়েংজরি খোয়ুম অত্তে অতৈনা॥
ভাবোক্তগী থোইবনা কুম্মৈ অসি তৌবগুম,
শক্তি লক্তে অথোইবা থোইবী খম্বে লীলানি।
শাম্নবস্থু লাই-ঙাক্লি ভাবোক্তস্থু লাই-ঙাক্লি।
করম ইনি মীশিংনা লাইগী লীলা অসিবু,

তাম্বি মথৈ পেন্নদে মতম কুইনা তারক্লে।
হৌজিকমবন্সু পেন্নদে মতু৺ন্সু চম্মরোয়।
সাহিত্যগী পুক্কৈবু মোইরাং ঐগী ওইনম্বি।
লৈরাং থিগে নিংবদা কাব্য কুঞ্জবোন্দগী,
যোন সিদা চংজদুনা লৈবাংশিংবু ফংজম্বি।
নুংশি নুংঙম অবাবা, ইকাই ইকি হঙ্গোইবা,
অকি অথং তু-চুংবা স্নুবি লৈরাং লৈখনবু।
শিঙেন মশিং তাদনা শাৎচম্বিবা লৈকোম্বি।
মৈতৈ কবি গুরুশিং—গুনবু লৈবা থিবিক্লা
শক্লরকই লীলাসি খুৎতা বীনা পাযদুনা॥
বীনাদুগী স্নুবনে, তাম্নে, মাত্রা, ছন্দনে,
কবিগুরু শিংসিগী চিক্ষেন তানৈ অড়নে,
নিংথিজবা থোম্ফম্নে শক্লকপদু লীলাসি;
অবা'নুংঙাই পুম্বগী বাগ মথন মথন্দা।
ঙাল্লী তাবি ঐথোইনা তাওম্বি থবাই হকচাংসি।
অকংবা কোলোম মামা মশাই প্রেমন্সু নংতনা,
মশাগী মম্বিৎতগী মপি মক্সু নৎতনা,
ইব-শায়ে মখুংন' অমোৎপদি কালিনা,
লীজ থোচ্চ শাদুনা মানথ্রবোইদো কৈদৌঙৈ,
শৈশক থিবিক লাইশিংগী। মাল্লবোইদি উদুনা
ঙম্মোইদবা খন্দুনা শক্লদেদো কনাস্ত,
অসিগুম্বা লীলাসে। অশিংবদি থিবিক্লা॥
অপংবদি অঙাংনা অপং থৌনা যেকপদি,
ফজে হায়দি মথংজ—মমি ফাওবা মাম্নদে।
লৈথি হায়বা খংনবা লীক্লবম্বি অদুগী।
মতিক চাবা নিপানা থিরক্লগা শেমসন্নু,
লৈরাং মখোং শোম্বনা, শিঙেন চায় লৌবরা।

লাইজ খিক্লেন চাইহুনা যোকপীসন্নু লৈরাংবু।
লৈরাং মানা শাংলগা লৈগী লৈচন থিহুনা,
লেংবিসন্নু পবেংদো শেম্বিসন্নু নাচোমদো॥
কেগে মোইবাং লৈপাক্কী শিংঙেন থম্মান ওইরবী,
পোকচবনা তম্পাকয়ুম চাওখিবনা কোন্নুংদা,
লৈরাং তোম্‌ শাংনরবী থাদোই লৈরাং মন্নুংলাং,
থোক্লরিবা লীলাসে ঙসি মোইরাং লৈপাক্তো,
লাফম অমা ওইরক্লে কেগে থারি লমজাওদা।
রারাবারা গুংগুংগুং নিকপ্রে মোইরাং লৈপাক্তো।
থোইবী মমাং মৌরমদায় ঙাঙ্খ কথেন মথাইদা,
মবাই ফৈরোইজাম্বনা খুমন মাবু য়েংহুনা—
"মালোবেন ইবুংঙোতোম! খুমন ইবুংঙো লোংয়াই!"—
"ইবাই 'বুংঙো তাকপিয়ু।" -"ইবাই কাওব্লো য়াদবে,
নুংঙাইতরে ইবুংঙো। পেঙ্গসনু নচেমস্নু,
য়েংজসনু থাদোইস্নু। লেংনা-'মুক্তা ঙাও-গবা?"—
"ইবাই 'বুংঙো তৌগেদো?" —"থিল্লে শাজৌ।" হায়রগা,
নোংয়াই লকক থোংকাপ্তু — নোংবান সর কাবকই।
হেঙ্গৎলক্লে রারাবা নোংবান মপা ওইবদা,
নোংযাই নিংথৈ লৈহুনা নোংবাম য়েৎকী মথোংনা
শাঞ্জা অহু য়েংহুনা ফকৎলকপা অহুদা,
খুমন লেংজাও অহুনা হাইজিন্দুনা থেংখরে॥
থোইবীরোমদা নোংবান্দো খোংাম তাওবা চেন্সিল্লি।
"মখৈনিদো নুংঙাইদা, হাহায়ো—" নোকই থোইবী॥
তুংদা লৈবা থাত্রাকপা লাংগোই কারন যৈবকই।
খুমন তন্না থৌজিল্লি। সাজৈ অহু হাইগৎপ্রে॥
হাইথফাৎত্রিঙৈহুদা, চাওবা কৈগাক থিংঙরে।
সগানগা মপোনগ'মা শাজৈ শাজৈ হাইথনৈ॥

কেগে মোইবাং ময়াম্না বা-বা-বা লাওনরকপা,
দোলাই পাবা চাক্রুক্লা খুৎতা লিচৈ পায়রুনা,
লম্বী নাক য়েং অতুদা পরেং শানা পৈশিবা,
মোইরাং উত্রা য়োকাওবা লম্বী হোদ্রোং ফাৎতুনা,
লমজেন নাকএ হায়রুনা মপু মোইরাং নিংথৌনা,
মণ্ডান ফবা কোরৌশুম লেংথোক্ত্না ভাইরকপা,
পাত্র মন্ত্রি খিবিরক্লা মপু থোগন তৌরকপা,
লমজেন মীনিন খোন্দুনা মোইরাং পুম্নিন নিরথরে।
অতুই মীথোন অতুনা থাংজিং চিঙমাই য়ৈরকপা,
চিঙ্গী উচেক ফাওবতু মহুমদগী পাইথোক্লে,
চিঙ্দ তোংবা হাওশিংনা মপোৎ মচৈ য়োম্নরে।
চিঙঙতুদৈ হুলকপা মীনিনখোন্না য়ৈররে,
লোক্তাক ইশা মাপন্সু লাইজ ইথক হৌখরে॥
পাংতা তাবা চেক্লা-চা কোরৌ থক্তা পাইখৎলে।
কেগে লোক্তাক থনম্মে চেম্নরক্লে অরাংলোম'।
হৈরেম খুপ্পাম খুমলোম, লোইনা হাইগৎনরক্লে।
পোইরৈ লমদম মাইকৈ পাং—
চেক্লা লোইনা পাখৎপ্র।—
ইপুক থনবা তুরেনগী তোবর্বান ইনম্ খায়তুনা,
ইরৈ কন্বা লাইজনা থৌরী মরৈ তারগুম,
য়েৎনতুনা চেনবগুম য়েৎনরকপা লমজেন্না,
কেগে হুয়েল-লাল ওইরে, খম্বা নোংবান অনিদো॥
চেন্সিখবকপতুনা কেগে ভানবা চিন্নাই খোং,
ঐগী পুঙদি কদাংনো - পুঙ্ খিবগী পুঙত্তাক-লম্,
লমজেল অতু য়োরক্লে — নোংয়াই নোংবান অনিদো,
মপা মপা মবাইনা লাংগোই তোংবা তুংবু ইন্।
ফৈরোইজাম্বা মবাই খুমন ঈঙ্গিৎ তৌরক্লে—

"মালৌরেন 'বুংঙো ভোম্পোক মতাং ওইরে থারসি,"
মচিন থোক্কে তুংদগী খুনেং নাকথং থিল্লক্লে।
তুংদা চৎপা মবাইগী লাংগোই চিঙ্গোন অহুবু
খুমন মাংদা লিংখৎপ্লে। লান্দবদি খম্বনা—
ইতাও 'বুংঙো নোংবান-ও মতৎ ওইরে থারসি,
হায়রম্লগা খম্বদো, লমজেন অহু থাখরে।
মকু মবাই অনিনা য়েংকা ওইগা চপখরে,
লাংগোই অনি অহুনা নোংলৈ সুংশিং ওইহুনা,
নোংলৈহুগী মাংদা থা—সুমাং লাকং পাইবগুম্,
নিংথৌ কাংক্রুমনদৌগুম মখোং নাচন ওইখরে,
খুৎনা মশা ওইরক্লে য়াকুসংঙাইনদৌগুম
চেত্থৎলক্লে খম্বনা— অঙোম নোংবান থনম্মে।
কেগে মোইরাং থমখরো, বিষ্ণু ওইবা মপুদো,
নপু চিনবু থোরক্লে "খুমন 'বুংঙো চেল্লকউ।"
লাওরে নিংথৌ লেংখৎলে। নিংথৌ মাগী পানাদি
কোংয়ামবনি অসিবু খনবিরুদে মপুনা॥
মোইবাং কম্লাই চাক্রকনি অঙম অথৌ লিশিংমি।
অম'মগী য়েংখিব্রে "নোংয়াই লমজা চেল্লকউ,"
খম্মোই য়াওনা লাওবনা কেগে উত্রা পোকখাইরে॥
কেগে চৈরাপ খৌদাফম—খোয়নায় জাম্না' লৈথোনবা,
খুমুজায়া লৈনেৎপা, কংলা লাখোং শামমাং,
য়োৗরে লমজা চেল্লকপা— "নহাদে, খুমন খম্বা,
পুরেম্বগী মচাদে, ঙাত্থরৈমা মপারি,
লমজা খম্ব, মোপ্‌াদে, থোংলেন চাওবৈ মচাদে,
খুম্বক পানা মহাদে মনাও'বুঙো পাম্বোমদে,
ইনিংথৌগী মন্নাইদে।" হায়না লমজা খম্বনা,
খুহুপ তরেৎ বাংনদি চোংখৎতুনা লৈশাদো,

পায়খ্রে। মচী অনিদু থেক্লে মরৈ অদুগা
থৎতুনা খম্বা কৎলে মপু সনা চোরোন্দা,
মফম নিপান শোকচনা খুরুমখরে নিংথৌবু॥
থোংলেনবদি মপানা মোংয়াই—পোন্দেন কুপখরে।
মবাই ফৈরোইজাম্বনা চুপ্লে লরাই কোইরেন্দা,
মশেন লমজা অদুবু কামজখরে সেলুংবা॥
খুম্বক পুংবু য়ৈখরে লৈপাক বাবু লাওখরে॥
খুম্বক পুংথোন তাবদা মজাইবেম্মা থোইবীনা—
"খুম্বক পুংনি ইনম্মা। লমজেন থোইরে ইনম্মা।
নুংঙাইজরেদা।" হায়না থাদোই জগোই শাখরে॥
লমজেম অদু লোইরগা কেগে মুক্না শান্নরে।
খুমন মামা থাখরে খুম্বক পুংবু য়ৈখরে।
থোংবী মাংজোং চেঙ্গোংদৈ লাইনা থোইরে খম্বনা॥
সনা খুজিদগীনা মনা পিরে নিংথোনা।
পরিফী থুম্বোন লোইনা হৌনবী পিখ্রে বাংতে।
পেন্নখরে লমজাবু কেগে মোইরাং জীবনা,
নুংঙাইতবা হায়ববু নোংবান মাদা মঙাইরে॥

---

## কাণ্ড

### ১

পুরেম্বা ঙাশ্বৈরেম অনি নোংগাখরবা,
মতুংসিদা খম্ন্গা খম্বা মচিন মৌপুরা
অনি সিনা রাহৌবা তাইবং কনা' পাগনি।
নিংথম লাইজ অথেনবা কোম্না হুনবা থম্বানগুম
লৈরাং মপুং ফাদরে রানা লৈরে মোইরাংদা।
রাৎপা শরুক ওইরক্লে। কেগে মুম খুদিংদা,
কোয়ন চাক্লি ফি নিরে। ফণ্ডঙ-চা ফংদ্রগ তোক,
মৌপুরা নারা পুহনা কোয়ন খোম্লাং ইল্লকই।
মোইরাং লৈপাক অহুগী নুংশি চাউবী কনানা,
ইন্‌বি খোম্ল'ং অহুবু হয়াও হয়াও মতৌবি।
খম্নু হায়কদ্রবম্নু খম্বা কপ্ল-ভাবদা—
"ইমোম থম্ন্, পুম্নকন্ট, নৌপুরাদো ইমাদা!
ইমা খোম্লাং ইল্লমগে।" অশুম্না কৌ'বি কনানা॥
মোইরাং কন'গুম্বীনা নোংম-মখে মতৌবি,
হয়াও হয়াও লমজাবু। নিনিস্তুজিল্লকপদা
হৈনিংদবা উরকই—মতুং চংবা ঙমজদে।
মাবু লুনা তৌবিবু থেংনদবা মতমদা,
মৌপুরানদি কপশিল্লক হুগী থাংবা ঙমখিদা!
"ঐবু মুংশিবিদেদা" লমজা মম'ম পুঙমদা!
মৈ অনি মরক্ত লমজা খম্নুনা রারিবা—
"কোয়ৌ নোংম ফাদোক্ত ওইরবদি ফদৌনি!

মুত্তি নোংজা খুদিংবু ঐনা লানবা ঙাক্কনি।"
মুরা মানা কল্লকপা, মৌপুরান'দ, খম্ব্ !
ছুমাই ছুমগুম্ কপশিল্লক—খাঙব য়ারক্লুছুনা
নৈকায় থোংজিন চংলকপা কেক্তু চংসি ঙমজদা,
কোম্বোং মথুংদা 'মুক লেপ অমুক খর চংশিল্লক!
লমজা নিগি ইথোং মোং, সঙ্গোই নম-ওন্দা 'মুক-লেপ!
সেগায়রবা চরোদ লমজা খাংদা শেংচব,
সেগায়রবা অমনা নারা নাপোং শাজবা!
চংজরুবা অহুদি! কোনি'দব উরগা,
মুরা মানা বাখিবা জীব-দুনা চাকখিবা!
হরাও হরাও কৌরম্বা তুদা মানা হরাওবা!
ইফং ফংদ মুমিত্তা লমজা হঞ্জিল্লক্লুনা
ঙাংথরৈমা মমাগী পম্বৌ ফমেন কাহুদা
মঙ্গোন উখোকতেনহুদা মহুনিংথৌ নমদা পো!
অনি দুনা কল্লকপা "ইমা! ইমা' কৌরকপা!
মৌপুরানা কল্লদা মুরা মাস্ব কপইব!
খম্বা খম্ব্ অনিগী লমজা মিকপ থোন্দুনা
পুরেম্বগী ইঙ্খোন্দো উনা ফাঙবা কল্লক্লে।
মপায় কৈকোন অচৌবা উটৈ 'মত্তা পান্দবা
পম্বৌ মানা নৈত্তবা চহি মরি মঙাদো।
উগী মহৈ অথুম্বা মাহ কল্লা অম ফাও
চুপহমবা ফংদর লমজা খম্ব্ মথুংত্তা।
জীব পানবা অমত্তা অঙাং অনি অহুগী,
উখিদরে মোইরাংদা॥ মহু পুম্বা উবদি—
পলেম পম্বৌ অনিন লোইজরম্বা কওরেন্দো

ঙাঙৰ নিংথি প্যামদৈবা উ'ৰ মাদি পুম্নমক !!
অঙাং অনি' অৱাবা কাওরেন মানা উৱকপা
লোইদাম কয়া ওইরকই, কুমজা কয়া খাংঙকই !
শ্রনগী জাংত পোকপনা পারী ঈমোম অনিগী,
চেংমরু অমত্তবু পেরুক মনা অমা ফাও.
পিন নাউয়োকচবরু ঙমজদরে ঐহাক্না !
কেগে মচা কনানা লাকচরৈদি ইচাবু
মানবী ইচী অসিনা থম্মোই ফীরাক হাইগাইগে।
ইচায় লমন শিংদৌনি লঙ্গী সোমদা থোক্তেদো !
লাকচবনি খোয়ুম্না—ঐগী পাঙ্গল লৈতরে !
ইচা অনি মতৌবু করম হায়নবা য়েংসিবা !!
ঐমক্তবু লৈরয়োই ! লাকচবগী লাকচবা.
লাকচহৌন্নো খোয়ুমশ ! কাওরেন ঐবু চংলগে,
খোংনা ইমং থিরগে লৈজনিংদ্রে মোইরাংদা।
অঙাং অনি মতৌসে উজররোই ঐসিনা ""
খল্লে ঙ ঙুব পাঙ্কেবা চংগ্রে নিংথি পুংদ্রোংবা !
মোইরাং কাক্তা লমচাউদা কাওরেন মদোম কোন্দেরে॥
কয়্ ঙমজদ্রবস্থ নুংত ভীক্ষা চংপদা,
ইন্নি মচা অনিগী লমজা মতুং অতবু।
মচা অনি চংপদা মোইরাং লম্বী লমখংদা
তাউবা হুইগী জাংতুম্ন শাবু শনবু অঙাওবা.
লমজা অনি লম্বীদা পনবা য়েক্লুবমখৈ.
অহিং মুংথিল অনিদা তাহোক্রিগিদো কাওদুনা
মচা অনি চংখিবা কোন্থোংতুদা লেপ্তুনা
ঙাইজবনি কাওরেন্দো তোকপ্রে ঙসি কোয়ৌদই
কাওরেন মানা লাকপদি— 'কাক্তা নায়ক অহগী

চারসম্ কৈশিংনা ঐমক্তবু শিরগে !"
রাশক্তুনা লাকপনি। করি মতা ওইদরে।
চরোং লাংনা অমনা কাওরেন মাবু য়াংতরে।
কাওগী মশক উবদা পাম্ব-মপ্রে চেম্নরে ॥
ক ক্তা লমজাও অহুদা কাওরেন্ মদোম ওায়হৌরে।
কোরৌ মতম খরবু কাওরেন ম'না লৈরক্লে।
ওসি কোবা অসিদা, নোংনা নোংম কানিংচিং,
তারক্লেদো মোইরাংদো। লমজা খম্ব্ কৌবিংদো,
ত্তীক্না চংলি মোইরাংদ। হ য়রুহুনা কায়দে –
নাহোংহুনা সেগায়বা কোল্লিবহুন মোংপা !
মুজা চরে মখাংজেং হুম্ব সেগাইখিরিব !
চরৈ মখৈ চোংখরে হজরকই ময়ুমদা ॥
লমজা খম্ব্ মকোক্তো চোংলে নোংনা পুন্মখৈ।
চরৈ খর মখৈনা কল্লি মৌপ্‌াহুতবু।
নোংনা মংখিবহুনা কৌরৌ মফম খংজন্রে,
সম্বা নারন ছুজিনবা মতম অহু ওইখরে।
খুন্দিম লম্নোং লাইথবান লমজাউ ময়াই হুমক্তা,
মাম্বক্লরে খম্ব্দো। চেং খরদং ফংজবা
য়োমজবম্ব্ চাইখাইরে। লমজা মৌপুবা শোকপ্রনি
হুগী কয়রুবদা মুজা খম্ব্ মচেমদো,
পাংগম্নদি শোনবগী মুবা খুকউ অহুবু,
লহী চেগাই সৌশাবা 'হুনা কয়া থিংগাইরে।
ঈন ইঙাং ওাংখরে। খুনবা য়াজ্রে চেংহুম্ব্,
লমজা হৌগংচহুনা য়েংউবদা চেং অদো
ভিম্নরমজ্রে মরু'মা। কোরৌ নারন মতম ওই
লৈখোয়পা ওইবগা ছুন্দোক্লম্নে খুম্ব না ॥

শোকই হায়বা খংখিদে অদুক নান শোকপদো,
মহু নিংথৌ অদুবু য়েংই শোক-অরিগত্রা!
মৌপুবাবু থেমজরে চংজরক্লে ময়ুমদা।
হাইদোকচরে লৈখোমদা অশোকপতু উরুরে।
অনাবদু খংদরেং—মৌপুবা চরা হেল্লনি
অসিদগী রাথরে—। পল্লেম পন্থৌ লৈজবী
থোক্লবদি মুত্তাশিং, লমজা শোকইবদুবু—
"শোক্লবোইনা ইচাদে" হায়রদুনা মন্নামন্না,
হোংনরদোবনিদো—লমজা ওইবী মাগীদি
মাদু পুমরাৎ রাংখরে অনাবগী চৈনাখোন
খংবিনবা ফাওববু লৈত্রে লমজা মহাক্রী॥
মহু নিংথৌ অদুগী চরা হেনবা তারেদো
খম্বরুবা অদুদা রাগ্রদুনা খম্বদো
মুংবংনরিঙৈদুদা মতম অদু হৌখরে।
মফী অচোৎপদুবু ফোংগে মৈদা হায়দুনা
য়েংঙবদা লৈরমদ্রে ফুংগা মৈদি মুৎলম্লে।
"মাঙেঙ কম্নো" হায়দুনা খনখরেদো খম্বদো।
"ইন্নুং শোইবা অসিবু চোৎপা চরৈ অসিনা
কয়া কোম্নি অঙাংবু মৈবু লৌরুগদরা।"
খঙরকই খম্বদো। ইন্নুং মতম ওইথরে।
থোক্কদবদা কিরুরে। খম্ব চৎপা হুমদরে।
"ইপা ঙাংবা লৈরৈদি ফগদনি ইপানা
ঐগী ভুংবু ইনবিবা, নমোম কিবা সেল্লিকে :
পন্থৌ কোন্দেখিবনু কোনৌ শিং[illegible] কইরকে।
ইপা [illegible]?" কপাই কাওয়েন ক[illegible]দা॥
মহু নিংথৌ খংবু [illegible]

মালেম নৈমাই থক্কুদা—। অচোৎপদি নাহোংনে
কোম্নবদি ফীহুনে অনি অদু সুম্দোক্লে।
লোইনা পুম্নচোৎ চোৎখরে - । নূরা চরৈ মখাংজেৎ
খোংথক লোমদা খুম্নদং নাহোংহুগী কিরিবা
মচেৎ খর খরদং চোৎলমদেদো হান্নদি
নূরা মখুৎতুনদি নৈরা ওইনা থোৎপদা
ঙমক্লে চরৈ মাহুবু শোকহন্দানা সুমজবা।
চপ মান্নরা চোৎখরে। নহোং কোম্ন ফীহুগা
অনিদুমা য়াম্থোক্লে—চরৈ খাংচেৎ হুতগা
নূরা ভাইখাংনহুনা মহু নিংথৌ অহুবু,
মথান্নুংদা কোন্দুনা পুরেম্বগী ওমুদা
খুমন চনু খম্নুদো ফমক্লে ইমুং অহুদা॥

২

"নোং অসিনা তারবা ঙসি নিনি শুদোরে।
নৈকাই চনিকুরগা চাজবনি লমজানি।
নোংনা চোৎলরিগনি চরা হেল্লরিগনি.
নংঙরিনি করম্নো ঐগী হচা অনিদো।"
খম্ববু ঙমদরে খনক্লে ঙাংবা পান্নবা
কাক্তা লমজাও অহুদা ঙম্মগুরে উদবা
লমজা মচা অনিবু। চেঙ্খংলক্লে সুমিদ্রো॥
শাগী জাত্তদি পোকপা মবুক্তদা মখংবা
মানা ঙাংবদি থংদা নোংমাই মচা অনিনা।
মচাই মৈনা চাকপনা খন্থ খন্থরুবদা
কাওগী মবুক অহুদা অমা য়োথদা তাইনরে।
"খুমন তন্দু লাম্বা নোংমাই পুম্নাই য়ুম্লেম্বা,

পাল্লি মুংঙাই য়াইফনা; খুমন লৈবাক অদুদা।
লমজা ইচা অনিবু করি থিদে মহাক্কে!
খুমন মাগা লোয়ননা মাগী প্রজা মখৈগা
তক্লা ভুয়া হাংলগে।" লেপক্রে নিংথি পাম্বোবা
কাওবেন মানা লাকপনা পুবেনবদি মতাওগী
'ঙম্বা হোজং চংলক্লে কাওবেন মশং গোনহুবু
উরকপদা কপ্লকই "সংগোন নংদি লৈহৌরো।
হয়েং ইমুং ঙানবদা চংলগেকো ঐহাক্তি।
নংগী নখা অসিদা পুন্সি চুপ্পা লৈয়দি
তমত্রবোইদো চিংউনা।" সংগোন অহু থনম্মি
কাওনা জর জব চংলকই। মাগোন দাবি য়োরকই।
মচাই মনিন তাদবে। মাংগোল মাংদা কাখংলে।
কাওরেন মানা লাকপসি নুং মতং থেংখরে।
"ইচা মনিন তাদেনা কৈনো হজিল্লক্লিত্রা?"
কাওরেন মান খল্লকং, লেপই মাংগোল অহুদা।
কাওনা স্বয়া খল্লৈঙে মতম অহু মক্রদা
খোল্লাং লায়ক্লহুনা খুমন মচা খম্বদো,
মচেই মথা অহুদা— 'ঙে" কাওনা কপ্লকং।
লমজা মোপ্পা অহুগী ম'চনহুদা মচেনা,
খম্বু মরৈ মতোয়া থি জিন্দুনা চুপ্পহল্লি।
মচেম লৈখাহুদগী অইংবদ লাংজদো
থর চুপচরবদা খুমন কপ্পা তেংকখরে।
মচাই মখোন তাবদা—"ইচা অনি লৈদনা।"
কাওরেন নে-বু তাজরে "ঐবু লাকএ থংহনগে।"
খল্লদুনা কাওরেন্না পুরেনবগী থৌ'ঙাওদো
কাওরেন মানা ইল্লকং। লমন্বা চম্ম খংদরে।

মুন্না তনিক তনিক্লা, "কেগে মোইরাং কনানো ?
অহিং তাংলৌথেংবদা তোল্লিবিদি ঐহাক্লি,
লংনবিগনুগব ! ঐবু কিহনবিগনু !"
হায়রম্লগা খম্বদো মপা কৌনা কপখরে।
মচা কপ্প তাবদা কাওরেন অচৌ রাখরে।
পুরেনবগী মাংগোন্দা কাওগী মপি অহুনা
মালেম লোইনা চোংখরে। ঙাঙবা-নিংথি খল্লকই....
'ঐ লাকই হায়বসি খংদ্রবোইরে ইচানা।"
"ইমোম 'বেম্মা ইপানি নংদি খংদববোইরে।
ইপানিয়ে থোং হাংউ"—হায়দে হাযবদা খাকই।
খোংউরে ঙাংবা মানা কাওবেন খুমাং হোৎতনা
সমৈ লাংদ্রা থুহনা ফাখরবা চেক্লাগী—
ফায়নরবা মপীগা চেক্লা মচা শিংহনা
অহিং অমম্বহুদা মজুম নুংদা লেল্লকপা
তাংজ লিল্লা শিংহনা মাবু চাগে লাকপরা,
মনিন অচু তাবদা কিকবদি চেক্লান.
পোম্থি য়াইবেক তিম্নবা চেক্লা ওইরম্লবদা,
মপী ওহরবেংদি নিংনা ঙাহাক হবাওজবা।
চেক্লা চানা তৌবগুম খম্বু লমজা অহুবু
কাওগী মখোন তাবদা কোক্লে অকিবহুবু ॥
মচু নিংথৌ পিশকত্তো নূরা নমদা পোখংলে।
মপা ওক্লে হায়হুনা হাংদোকউরে থোং অদো।
হাংউবদা থোং অদো কাওরেল হমুং চংঙক্লে।
"ইপাইবুংঙো করিনো, কওরন নকা নত্তেনে।"
থংলি কাওরেন মপাবু। 'পাবি ইমোম' বেম্মা ইপানা
পারি ইমোম অনিগী নশক উদবহুদা.

খল্লুবদা লুম্‌জাউদা লৈবা ঙমদ্রে লাকএদো।"
হায়না খম্ব মচাবু কাওরেন মনাক্তোনহুনা,
সুং সুং নপ্মি য়েংউরে। মুদাংবাইদা চোংখিবা,
মচু নিংথৌ পোরিবা শেংলি কোল্লি পুম্বহু,
থেংনরুবে কাওহুনা। 'এরনা নিংবা অহুমক
তৌরম্মেনা অসিদে।" হায়না কাওরেন মপাদো
খম্নুং নোংখোংবগুম্না কাওরেন মদোন কপ্লক্লে।।–
'ইচল ইতাও আনদি উদ্রবোইদো য়েংউসে!
ইঙেঙ শ বৈ হায়বন্মু হাযঙনব্রবা নচানি,
খুমন নচা অসিবু নোংম্লাই চম্ব মচেম্না,
চরৈ অচোংপসিনা কোল্লিবসে পুরেম্বা।
ইনুং করম লেনগনি।– পাবি ইমোম অনিদি
হেল্লবোইনা চরাম্ব। ঙাংখৈবা ইবেম্মা।
উদ্রবোইকো নহোয়রবো।" কাওনা অসি খন্নুনা
তে থারকই অহিংহু এচন মতাও কৌহুনা।
কাওরেন মমাই চোংলকই নমিত্তগী মপিনা।।
খম্ব মানা থংপদা ইনশিল্লকই মচাবু।
কাওরেন থংপা য়াদবে। পুরেনবগী ফমজাও-কা,
শম্না নাহু শামবু চংশিল্লক্লে খম্ব গা।।
খম্ব মাগী মরোন্দি কাওরেন নানা মখংই
কাওরেন মাগী মরোন্দি খম্বনদি খংঙক্তা,
মপা ঙাংবা পাক্কোবা বাখরেদা থম্মোইদো।।
কাওগী মত্তৌ উবদা খম্ব মন কপ্লকই–
ইপা ঙাংবা করিনো, পম্মৌ করি হায়বগে?"
কাওবেন মানা ইবেম্মা' নহনিংথৌ অসিদি
ইঙেঙরিনি, ইপা কোনগে নচিন নৌপয়া।

হায়রদনা কাও অদো কুম্থরে ফখাংদা
কাওরেন মচিন অদুনা খম্ব চরৈ চিক্কুনা
চিংথে। খল্লি খম্বনা—'লমজা ইচিন ইপাবু
কোনগে হায়বোই ইপানা।" নিংঙগনা খম্বনা
ফমথজরে মনাক্তা। কাওগী খুংগ অনিদো
তিংথোরকই ইরেম্মা। থারে খম্ব নৌপুরা
কাওগী মথা অনোনবা অপাকপদি মচিন্দা
খম্বই নোম্পাক ওইরুরে খুংগং লোলাং শকউরে
অচোৎপদি চরৈদো। খম্ব লোইনা ফোদোক্লে
হিপ্লে মচিন মৌপ রা। হাংজিন্দুনা মচিন্দো
কাওগী মথা অপকপা মচি 'মগা কুপথরে
খম্ব খজা অনিদো ফৈজুপ ম ই থুংখরে
কোক্তা মায়দা তোংঙবা ইমুং কংবী অত্নবু,
হাইজিন্দুনা মমৈনা তাল্লি হুমই কাওহন।
অচোৎপদি চরৈনা কোনবত্নগী পোবগী
ইংবত্নুনা তুমদবা—খুমন লাইবক চাওবদো
মপাত্নুনা কোনবদই লুম্বহনা তুংথরে।
কাওরেন মতৌ উবদা লাইরবা খম্বদো
মওন মওন খল্লকই - কাওরেন মান্নান্দুনা -
'ইপাইবুংগো করিনো কাওরেন কোন্দৈবরা।
খল্লুরেদো ঐহাক্তা পন্থো নত্তৌ উবদা
তাকপিথনে ইপানা থাদোকপিন্নু নমোম্ব,"
হায়না কপই খম্বনা হংই মপা ঙাংবদা।
কাওরেন মানা—"ইবেম্মা! চুম্মি খম্ব লাইরবী
নহোয় অনি নত্তৌসে ইপা মেংবা উমদরে।
তাইবং মীরোন থাক্তনা ইচিমম্ব মেঙ্ক্ষণা
কাওরেন ইখুৎ পান্দুনা য়োক্কদম্ব লৈতরে।

করি ওইরসিগেমে চৎলগেনে ইপাদে।
লমজা নহোর অনিবু উদ খংদ লম 'মদা।"
কাওরেম ঙাংদে হায়দা মঙাররেদো শল অদো
শনগী মবুক তুদগী খোঙ্গি ফাওবা খোংলকই।
শুরু শুরু লাওরকই কাওরেন মাগী মবুক্তো।
খংজদেদো খম্বদো মপাহুনা খুম্মদি।
কাওরেন মীকুপ অমতা উইদে ইনুং শোইবদো॥
ইনুং মমায় ওনখরে কোরৌ নাতৈ ওইরক্লে।
কাক্কী মপাও ভাবদা মচা অনি কৌদোক্লে।
লমজা খম্ব হৌগৎলে কাওরেন মাস্থ হৌগৎলে।
ঙরাং অহিং চেৎহৌবা লাইরবীগী চরৈদো
তাল্লি তাল্লি কংলম্মে। চৈর অমা নহোং শা
নুরা অমা কোন্দুনা মচু নিংথৌ পোখৎলে।
কাওরেন তুংবু থংহুনা লমজা অনি মাংদ-থা
মপা মচা অছুমদো মাংগোল লাংদা থোরক্লে।
'পন্থৌ 'বুংঙো থোক অসি পারা নারা ওইবসে,
চরা হেল্লে ঙরাংস্থ চাক্তাকরো ইপাস্থ।
পারি নমোম অনিদি ভীক্ষা চৎচরুখিগে।
চৎসি থোকমিন্নরসি।" খম্ব মপা কৌরকই।
কাওরেন মানা—'ইবেম্মা! ঙাইখো ইপা ব্রা হায়রগে।"
খাম্মে লমজা মচাবু—('মাথ্রবদি মাঙখরে,
মচু নিংথৌ অসিনা যুম্লেপ চার তম্লবা,
লাইরবীদি নহাক্লা লুহোং খোংদোংলবদা,
ইপা লাক্কে ইবেম্মা। অতু ম্মৌত্রি ফাওবদি,
থুকু অরোই ইপাদি চৎলগেকো ইবেম্মা!"—
মামা। কাওরেম কপক্লে। সন মমিং অনিদো।

ভরং লাইজ হৌরক্লে মাংগোল অহু চোংখরে।
পাল্লি মমোম অনিবু য়েংই লেকই মরৈনা।,
খুমন নাবা অহুগী মকো'ক তুবু ফাওত্রনা
মচেম নংগন হুদগী নমই কাওরেন নাত্তোম্না,
লাইরবদি মচাগী লমজা শন্নাং নম্মকই;
কাওগী মতৌ উবদা হিক্লা কপই লাইরবী।
"ইপা ইবুংঙো করিনো?" হায়জে হায়বা মঙাইরে।
ঙাংব মপ্পায় মরোন্দি মুজা মাদি থঁদরে।
ঙাহাক কপ্পকরগা মপা মচা অহুমদো
পুরেম্বগী হোজং-লোন তুংথ মাংথ থোবক্লে।
কাওরেন মানা মত্তাওগী মোংবা ময়ান-ম্নাই হুব,
ইংথোং সংবন অপুম্বা কোয়ন কোয়ন যেংলকই।—
লমদম নংম্মু লৈহৌরো ইচন ইত্তাও অনিগুম
কায়নরসি চংলগে" অহুগীম্ম কপ্পকই।
হোজং হেন্দোরক'দা—"পাম্বৌ চাক—তাবিক্লরো"
হায়রম্লগা থম্ব্দো, মহুনি থৌ পোহুনা,
অরাং পাংনা কারক্লে। কাওবেন অহুম লেপহৌই।
মচা অ'নি অহুবু উরি মখৈ য়েংহৌই,
পা'রি মমোম অনিবু অহুক হম্না উবরোই
থনগ্রমাক্লে কপথ্রেদা। বিধি মাম্ম রাখরে॥
লমজা মচা অনিনে ঙাংব নিং'থ মপ্পানে,
মা'না ইগ্র' ওইবগী কায়নরকপা অসিবু,
য়াখিদয়ে ককপ'দি মাম্ম রানা য়েংহৌই।
কাওরেন 'মংথি পাম্মোবা মথা পাংনা কুম্মক্লে।
কুম্বি থুগা য়োথরে। কেগে মাইথোং লাইহুইরো
মৈইরাং সজ্জা পুংফৈলম হাওতক্লা শল চাক্কারে।

মচা অনি কাওরগে খল্লহুনা শল অদো,
মুখিং মঙানি স্নুনা লমদম সিদা লৈরক্লে।
অময়োমদা লাইরবী—"ইপা লাক্তে" খল্লক্লে।
মপা ঙাংবা থিরক্লে - মোইরাং লৈরক খুল্লক্তা
সাজৈ অমা খুৎতা পায় মহু নিংথৌ নমদ পো.
কুমথরক্লে লাইরবী মোইরাং খুন্দোন অদোমদা॥
মপা য়েংবা উরক্লে: হংজরকই খম্বুনা
অচৎ অওক খুদিংদা। মোইরাং মুপী অমনা—
"ইমোম খম্বু কাও অদো থাপ/গ্র চৎখরগনু।
হাওতক লমদম অহুদা চাহৌরেনে শল অদো।"
পাও অহু তাবদা খম্বু মৌপুরা পোহুনা
তরুক্লিগী অয়ুক্তা কুমথরক্লে হাওতক্তা।
মরম হাওতক য়েৌবদা কাওরেন মপা উরক্লে।
লমজা খম্বু লাইরবী—"ইপা ঙাংবা কৈদৌরি
কোরৌ শিংবুম ংরুক্লি ভুন্দোকপা'দ ঐখে ইবু,
মুংশিন্নবো ইপানা—"কাওরেন মানু কৌরুরে।
চেক্লিল্লক্লে শল অদো—'নচিন নোপ্পা অনিবু,
কাওজরগে হারহুনা চৎলবনি ইপাদি
ইপা থিরক্লবোইরে।" হায়না কাওনা খোংলকই।
লমজা অনি অহুবু কাওরেন মানা লেকউরে।
কাওনা মাংদা থাহুনা লমজা অনি তুংদ-ইল,
অমুক অহু কারক্লে। কোরৌ মৈনা য়েবনে,
খোম্লাংনগা লাম্বনে খম্বা অমুক কপ্লকই।
খম্বু খুৎতোন অহুনা লাইজ খুর লুপ্লগ.
মহু নিংথৌ চিনদবু খোম্লাং শানা চুপহল্লে।
কাওনা মাহু উবদা ইন্দ্রি মৈঙুম শাখরে।

"কপহনগন্নু ইবেন্মা। ইপা য়েংবা ঙমদরে।'
হায়না লেকই মপানা লমজা মচা অ'নবু ॥
পুরেনবদি মতাওগী মরান য়াইবু য়েঁায়ক্লে।
কাওরেন মাবু থিকঙৈ নিহোৌদরে খুমিত্তো,
কোয়ৌ অথেংবদুদা ভীক্ষা নিব থোরকই।
"পন্থৌ চংথোক্লমগনু" হাযরমঙদো শন্-হুবু।
মচাই মতৌ অদুবু কাওবেন মানা য়েংবদা
অমম্বদি ওইখরে শনগী পাংগন থোক্তরে।
মপিনদি পুংচোৎ-চোৎ চংলকইদো ইংখোন্দা,
সজিক মনা অমতা থংখিদরে শল অদো।
হজিল্লক্লে মচাশিং চাবে থক্লে অনিদো।
ইমুং হুম্ম কোঞ্জরে নহা-দৌমা মপানা।
মত্তৌ অসুম ঙৌডুনা নুমিৎ কয়া লেল্লকই।
মতম অদুক য়াম্বদো কাওরেন সজিক চাদরে।
অহিং অহিং খুদিংদা কোল্লি মচা অ'নবু
অয়ুক নুংথিন অনিসি স্নুকচং কোবা চংথোক্তে।
ইংখোন মনু' অদুদা স্নুমদা পংচং মচংলি।
মচন মতাও অনিগী খুম্মদুদা ময়েংদ ॥
সনগী মত্তৌ উবদা খম্ব কৌবী কপ্লকই।—
"ইপা ঙাংব কৈদৌরে—পন্থৌ নারবরনে?
কোয়ৌ শিংবুম কয়ানি ওইবক্লেনে নহাকপো।
শজিক মনা অমতা থংখিদরে কৈদৌরে।
নচন নতাও অনিগী কোবৌ তুংইনগ্রগের ?
পন্থৌ লৈতরবদি লমজা অতাক্লবনি।
জীব পানবা কনানা লাকচদরি ঐখোইবু
লাকচ'মখে মঙাইদো খোয়ুম মানা ঐহাকপু।

পন্থৌ লৈতরবদি জীব পানবা 'থৈনস্থ
লাকচরনি লমজাদি পারি নমোম অনিবু।
শন্থৌ সজিক চাওগবা।" হায়না লমজা খম্বনা,
মপায় খুমাং কোন্দুনা পাও মেল্লুরে লাগরবা॥
কাওরেন মানা 'হবেম্মা' 'মোম লাংবক থিবীও!
ইপা নাদে লইরবা! লমন্থা নন্তৌ উবদা
চানিংদরে ইপা'দ খম্ব, ন দি চাদবে.
ঐদি ইবুক থনমথৈ কবম চানি হবেম্মা!
নুংঙাইতরে ইপাগী ইবুক অসে লাংরবা!
খুমন নপাম লংদমদা চংখরগে ইপাদি।
খুমন নিংথৌ মক্লা কেগে মোহরাং লমদমদা
খুমন মাগী মপাচা নেংয়াং মরেল্ল -, ইচা!
কেগে লমজা ওইতুনা চাদ থক্ক লৈববু,
থদবসে ইপানা লমন শিংগে মখোহবু।
খুমন লৈবাক অতুব মাংহল্লগে নপাং।
শগ্রবদি শখরে শপা অতুম মাংগ্রগে।
মাংখিরম্মো নহোয়স্থ খোয়ুম মাগী নো দংনি
ইপা লৈ'ব লৈত্রেদি নিন ভানা খংউকো।
নতু নিথৌ অসিনা গোংয়াই পাংগন চাওরগা,
লৌহল্লোকো ইপা! লমজা ইপা চংলগে!"
হায়রকইদো কাওতুনা কাওরেন মিপা পিবু ভার॥
লমজা মাদি খংত্রেদো। লগৌ পুদাপা অম!
থংচক্লরে খম্বনা—'পন্থৌ ঙাংবা চাবিয়ু
কৈদৌরগে ইপাবো।" ইঙকরে খম্বনা।
ঙাংব মানা-'হবেম্মা' নংনা ঙসি হিঙবা
সিদং চাগে, অতুগা খুমন লমংম যৌত্রিফাও

চাপ্তরোইকো ইপাদি।" হায়না কাওরেন অহুবু
মচাই মতৌ য়েংহনা - থম্বুং নোংথোংবগুম্মা,
কপ্পখরেদো মপাদো॥ খুমন নিংথৌ শাওবদৈ
মচা অনি ছন্দাক্লে। চাক্লিবদি চংথিৈও,
খম্বু মাগী মতুংদা কাওরেন অংম থোকখরে॥
পুরেম্বগী মবান য়াং মচা অনি অহুপা
মোইরাং লমদম অহুব কাংন্নবকপা মতমদা
কাওরেন মাবু নাখবে। মচন মতাও অনিব
কোয়ৌ থঙ্গী কৌরকই। মি পা পিবু তাঙখি
কাওরেন মথোং য়াইরক্লে খুমন লমদম থিবক্লে।
মংগে লৈচিন শংব দি, কুম্বা সল্লাম্ফমদগী
হৈয়ু খোঙসু চংতুনা-লোক্তু হিয়াংথাং য়ৌরে।
হিয়াংতেক হিন্ন ংহুম্ দগী পু ম্লন পাং তংখরে॥
মতম খর লৈরক্লে। অনাং পাংনা লাং ভুনা
খবং পাং ত ররে। মতম খব লৈরম্মি।
সেকমাই তুরেন শান্দুনা তারে ইকোপ লাইপন সাই।
লোইদাম স্থম-ন্থম লৈরকপা কুংওলে লাঙ্হি কুমশারে।
চহি ফারবদা মীবু তানবা হৌরক্লে।
অনিদগী অহুম্নি চাং মশিং য়াম্মরে
মীবু তাবা য়াররক্লে মীহাৎপদি হৌরক্লে।
মীদি হায়কলু উচেক পাইবা য়াবক্লে কাওদো।
মীরো। লোইনা কাওখরে কাওরেন পুমডাও তাওখরে।
সেম্বাং হয়িং খোয়ানবা তেত্থু চবারোং মতং,
মনাকোংদা খোংবদা চয়েন অমা তাংরে।
চেক্লা পোম্বী অমত চরোই অংতংদনা,
তোংনবদ হৌনবা ময়াং লেন্দা তোংউবা

মাহু তাম্বরকপদি—থুংউবদি মফমদা,
কাওরেম সফম ওইরকই। মানা তাল্লি' জীবহু
ফঙঙক্তবা মতমদা অফংবহু হাংলকই।
চহি মশীঙ কুইরক্লে রাহি মুন্নু অমনা
লৈরোন নুংদা খোংব-ফাও মানবী চৌরেন অহুনা,
ফুমদি লৈকং হাইগাইরে লৈপুং উপুং থুগায়রে।।
খুমন ইকোপ লমদমদো শাগী শনগী জাৎ ফাওবা
জীব 'মতা তাদরে। কাওরেন মদোম ঙাইরক্লে।
চহি কুমজা কুইরক্লে। খুমন মচা খম্বনা
পাখং ফাবা ফাওবসি কাওরেন মাবু লৈখরে।

৩

খুমন হায়বা লৈপাক্লি কনবা থৌবা লৈপাক্লি।
হাউনুবা, য়ারব-নে, কাকপা লৈতেন-পানব-নে,
থিম্বী ফাবা কৌবনে, নোংয়াই কৈ ঙম্ব 'তুনে,
মঙা সিনা খুমনগী মমিং চংপা অঙম্বা
থৌর থৌর ঙাক্ত'নি অসি মপান' পানবনি॥
কেগে মোইরাং লৈপাক্ত থোংলেন মাবু লৈবনা
কিনৈ মংঙা অসিনা। খুমন মোইর'ং অনিনি
লাম্নিনবা লৈপাক্লি। ইকায় খুম্ন চংনবা
খুমন মোইরাং অনিনি। খুমন লমদম 'চৌবদা
চংনিং চংনিং চংতুনা লৈরে পাং লমজাও খুদিং;
খুমন মখে হৌহনা কাও মাবু তাল্লকপসি
হৌজ থেংখাং নিপাল্লক কাম্নদরে ঙমদরে।
থাংদ তাদ তেকতুনা মাংহনদ মতোক্লে।

খুমন মীদা মশিরে, খুমন লিংথৌ হংপংলে।
মৈহুম মোরোক চেনথরে মাপন স্নুবা খোংকমদা।
খুমন নিংথৌ মাওহুনা কাওরেন মাবু তাল্লক্লে।
মাপন স্নুবা খোংকমদা লিপা চাগা হাৎখরে।
শিরে খুমন কম্নাবু কাওরেন মাগী মথুংতা।
শনদো মথোই কাখরে তোংউবদি হায়কনু-
স্নুদ পাইব উচেকপু কাওরেন চিনা হাইরক্লে।
অহিং তন্দন পাইব ফাও কাওরেন মানা তান্নরে।
তুমিং মুরান পাইবফাও মাখিদরে ইকোপ্তা॥
খুমন লৈপাক ঙা চাদ্রে চহি তাং কয়ানি।
খুমতনা ইংখবে অঙাং পিশক তরাবু।
তিল-হৌহুনা অঙাং কযা কয় শিনক্লে,
ঙা চারমু স হংমনা নোংখ্রং চিক্লদে হায়খৈ
মঙাইরক্লে খুমনদি ঙা চাবা ফংঙকতরে।
খুমন জীব অমত্তা ইকোপ পাংত্তা তাখিদ্রে॥
চহি কুনব হেল্লক্লে ফাবিদবা মক্তনা
ইকোপ পাংকী ঙাশিংদো পেংবা মনা চাওবনা,
খুদেং খুদেংমুক টকে সরুনা তৌ হৌরক্লে।
ঙক্রো মকোক অহুনা হিবাকমুক পাকখরে,
সংত্রিক সংত্রিক সংখরে খাজং তাওথা তান্নরে।
ঙখা ঙামু তান্নরে ঙাকচৌ হায়বা ঙাহুনা
চেঙ্গাওবী ফাবে চারে। ঙানা ইকেপ পাং অদো
ঊশিং মশক উখিদ্রে। কাওরে শাবু কিবনে.
ঙা মমাম অহুগী মুক বাহি মুমু চেগ্রাশিং
তাবা লাকপা ঙম্মক্রে। মত্তা অমা ওইরক্লে।
ঙাথি ইশাং লাংহুনা চাকরম্ব মখৈদি,
স্নুকম চংকম থংদনা মীনাই নাইথাং চংলক্লে॥

খুমন নুপী অহুমদং লাইরবনা খৈরক্লে।
মচা অচৌ মখৈদি মথং মথং য়োল্লকই ॥
মমাং থাবা মচানে থবক শুবা ঙমদ্রিবা,
মথা নুংদা কোল্লিবা, অমমখদি অহুগা
মাবু লোইবা মপুগা মরি' চাংওই লেপ্লকই।
থবক সুফম লৈরক্রে খুমন লৈপাক' অহুদা
চরামক্কা হেনবনা লাইর কুচু ওল্লক্লে।
কথেন কথেন খুদিংদা পাম্নি মমোম নমদ থোং
কোয়না লুথোং চাক ওইনৈ, লল্লোন ইভিক মতৌজে।
তোংবা লৈত্রে কায়দ্রে, উপায় লৈত্রে অহুমদো
লাইরবীদি অহুংগী অহন ওইবী অহুনা—
খংহৌদনা "—ইনাওবু! ভাব অমা লাকএ ইচেম।"
বাহু তাবদা অনি অহুমনা নোক্লকই।
লৈত্ত লাইর-ছন্দোক্লা "করি য়ানো তাসিবা?"
খুমই অনি হুমনা। অহন-হুনা নোকনু,
হরাওহুনা নোকপনা অম খোইরে অহুগা,
ফাগী ওইনা নোকপদি ভাইখো নোকফদবনি।"
অনিমনা "অহুবু হায়বিরোনে তারাসি।"
মোমোন মোমোন নোক্লুনা হংই অহল অহুদা।
অহন হুনা—"ঐথোইব লাইব কোক্কো হায়বগী
পাংমা ল্ল যুগ অদে, ফংভে ইচেম পোথি অমা।"
য়ারম অহু তাবদা নহাওইবি অনিদো
মতু চুংই—"করিনো তানিংঙেদা হায়রোবা।"
লাইরবগী মৈহুদা য়াগ্রবোইরে অনিদো।
লম্বী অহু তানিংগ্রে ইখৌর হই থমোইদো॥
অহল ওইবি অহুনা "সোইরোই ভাঙ্গা চারন
হান্দক হৌদোক্লগনি—" খল্লি মবুক অহুদা।

অহুমহুগী অহন্দো বুদ্ধি য়াম্না ইংবিনি,
মাগী মরাহুদগী অ'ন অহু হিংলকই
মাগী মরা অহুদা থাজথরে অনিদো।—
"তারসিনে ইচেক্মান" হংই মচেম অহুদা।
অহন হুনা—ইনাওশা! চৎসি মোইরাং লৈপাক্তা,
কেগে লোক্তাক লান্দুনা। ঙা লৌরুসিনে য়োন্সি।
ঙানপ 'মগী মমন্দি সেন মখাই মঙা য়ৌরে,
ঐগী খুমন অসিদা। মোইরাং হায়বা অহুদি
হোংথ্রবা ঙাগী লম্নি চৎসি ঙা লৌরুসি।"
হায়না হৌরে ঙসিদি। "চুম্মি' খল্লি অনিদো
খুমদে ঙাংদে তুমিল লৈ। অহনহুনা—'তুমিন্না—
হোয়নি মাইনি হায়দবু—করিনোনে ইনাওশা ?"
হংবিরকই। 'ইচেম্বু! যাম্না চুম্মি কোক্কনি,
লাইর হৌদোকক্ষবনি। অস্থুম্নদি ওইববু,
কদায়দগী সেঞ্জানা লৌরুদগে ঙা 'হুবো ?"
হংজরকই অনিদো। অহন হুনা—"করিনো!
হুগী করি রাকনি। ঙা চাদ্রবা খুনন্দা,
ঙারৌনবা সেনহুবু পুবা খংদ হৌনব্রা ?
চৎসি ইচেম তুং ইল্লু য়োনদ্রিঙৈনা শিংকনি।"
লাকও চংসি হায়হুনা লাকএ মুপা অহুনদো।
মবুক ক্ষবা থিহুনা হাওমুব-দা চংলক্লে।
অহুন অহু উবদ — 'খুমন শুজা ইচনশা!
লৈত ল্যাংর থিবদা লুথোং চাকওইনহুনা
নহোয় অহুন চৎপদা খুমন মচা কনানা
লাকচবগে নহোয়বু হায়য়ু হাওমু ঐঙেন্দা।
নহোয় লাকচ নিপাদা 'ঙম্বা থালেন ইখুৎশু
খুহুম চেৎনা পায়রগা লাল্লু চো াই লৌগেদো।

হায়ু হায়ু নখোইনা।" বারম অদু তাবদা—
"মাহু নত্তে অঙম্বা! লাকচ থুমজ লৈত্তেদো।
হায়নিংব'মা লৈতনা লাকচবনি ঐখোয়না,
ইত্তোপ ত্তোপ্পা রা'মনি।" হায়জরুরে অহুমদো।
হাওমু মানা—"হায়ুনে করি চিংনরুগনু।'
হায়বিরেদো অহুমদো। "খুমন লালোই অথোবা!
লাইরবী ঐখোয়নি লল্লোন সেন্দি ঙইনবা
'ঙম্বা নংনা পিনৌনে খুৎপাব শেনবু খরদং।—
কয়া পিয়ু হায়বগে।" হংবিরক্লে মাহুম্ন।
লাইরবীদি অহুম্না 'লুপা চহুম পিখিয়ু"
হায়জরুরে হাওমু-দা হাওমুবনা নোক্লকই।
হাওমুবম্নু ঙকউরে লাকইমদি শকফম্লে
লাইরবিবা মতানে—সেন-ছুনা য়াম্বা তুগা,
থাপ্পখরে মতাদো। হাওমুবনা খুনথ্রিরৈঙ
অহন ওইবী মুক্তানা লাইব মপাও মেল্লকই।—
"মুংশা থিবিরুগনু হয়েং অসি চৎপনা
হংচিং শিংজিল্লগনি। খোইরাং লৈপাক চৎতুনা
লেৈল্লে ঙাবু লৌরুগে ইয়ুম খুনন অসিদা,
কাওরেন মা'বু কিবনা ঙথি ইন্নাং লাংদরে।
চৎচরুগে ত্তৌবনি।" হায়দোয়রে ভশেংনা॥
৮, তম্বনা লেঙ্গারনে মবুক্রু,
"ঙাইখো তুদি ইচনশা খোইরাং হায়বা অদুদি
খুনং লাম্থিনবনি করম হায়না চৎকনি।"
হংবিরক্লে অঙম্বা। অহন ওইবী অরনা—
"রাবিরুমু অদুদি হৈরেম খুঙ্গামদগীনি,
ইখজগনি ননাই খোই।" হায়না খুম্থে অহুমদো।

শিংই সোইরোই খমন্ত্রবোই লুপা চুম্ব পিবিরে
"মীগী মীরম চৎপনি । চাপ্পা য়াদে হায়রগুনা
লাইরবিদি অহুমদো সেংন চামা পিবিরে ॥
চাকহি অমা রাইহুনা লাইববিদি অহুমদো'
কেগে লোক্তাক লান্দুনা মোইরাং কৈথেন তাম্নবু
চুগী ইমুং ঙানবদা খুমন্নগী চৎখরে ।
লাইরবিদি অহুমদো মোইরাং কথেন তাক্তুক্লা
লেপ্লে মথে খোম্মক্লে। চাক 'হ অচৌব 'তুনা
ঙানা চোম্না হাপ্তুনা মোইরাং লোক্তাক লানগেদি
খুমন তম্না হোল্লক্লে । লমদম খর হোল্লবা
চৎপা য়াদ্রে অহুমদো লোক্তাক ইথক অচুনে
কোরৌ নচৈ ওইবনে য়াম্না খুদোং থিরক্লে ।
শিবা তারে হায়রতুনা মোইরাং লোমদা হল্লক্লে ।
অহিং অচু ঙা শংলে লাইরবাদি অহুমদো ।
ইমুং মোংয়াই চবুকপু ওইরক্লেদা [illegible] ।
নহা ওইবী অচুগী [illegible] থনম্মি ।

মচাহুনা মযুমদা কপ্পক্লব। [illegible],
মুজা মাগী অমুত নংথরক্লে পুপীদো ।
"পারি 'বুংঙো ইমানা—কোবৌ মুনি- খুদিংগী
[illegible] ।
ঙসি কৌবা ইমুংদা [illegible] ধন্দোক্লে ।

ইমুংগীদি মুংকাইচন কৌবা মাইরেক 'ঙম্বদা
কপ্পবরা নহাক্তে ইনায চরৈ ফারোনবু
খোম্নাংনদি চোৎলক্লে । পেনম্বা নদো ইমানা
চেক্লা সাগন তুকাং থপ পারি। পাম্নাস পাইঙমদ্রে।
কনায় খোম্নাং থক্তুনা লেপ্লিগবা নহাকপো।

পামেন কারোং খক্লুদা পোংথম্বগুম থোকখরে।"
কপখরেদো নহাদো তেংথাদ্রুনা অহিংদো॥
মোইরাং নোংবান কোয়ানবা সুমিৎ অদু মহাক্না
মপু সনা কোন্নুংদৈ কুম্মকপদা ক্ষথেংবা
ভাবে মানা কপ্লদো। "মজা মখোন ওইনা তাম্ব,
অবা অনা করম্বা নংঙবনো কৰিনো!
তাইবং মীয়োন হুক্কুবা অপংবনা মাংওইন,
মশিংবনা তুংওইনা অঙাওবারা কাবনো।
মম্বী মফম থংদনা লম্মাংনবা গুম্বরা।
তমথিরবা নিপাদি মপুরোইব কনান
তাম্থোক্লবি মুপীরা। লৈপাক মাংঙম তাক্ল দায়
কথেন লাইরেম্বীদুনা তে থা নাওইরবরা!"
নোংবান মানা খল্লকই। মুপী অহুম দুদগী
অহন ওইবী অনিনা মত নত্তে নহাকপু
কপ্লিংইস্মু কপফদে অহিং তা লৌ 'থেংবনি
মীনা যাম্না সোনাইনি তোকও কপ্প হৌনদ
তাকু তাবাং লাকনি।" খামজিজরে মনাওদো।
খোম্লাং অদু সুমদোকই থাদবকই লাইজদা॥
কুমগী নোংনা চাবগা হোৌবগুম তুবেম্না
মুজা নাগী মপাবি চাওদবনা মমু দা,
মনিং মপী তাদুনা মনা নাবু কৌদুনা
খোম্লাং ইখৌরাংদুনা কপ্লক কপ্লক খুদিংদা
সোমদা মুপী অদুগী নংথরকই অমৃত।
মজা হেক হেক কপ্লকই খাম্মি অনি দুমনা।
নোংবান মানা লাকপদা নক্লিল্লকে অহুমদা॥
মুপী অনি অদুনা -'খোইনা রাখিব'সব

পাপী ! ইকোপ পাংথুদা চাক্তারিবা মী চাব',
শন নংনদি মাসিবু থোকহল্লি পুম্বসে।"
ঙাংবা শনবু চৈরকই। নোংবান মানা তারকই,
য়ৈসিল্লুনা রা অহু "লাইরবী ঐথোইগী
ইমা ইচা কাইনবা ইমিংতগী ইপি সে
য়ানবগী শঙ্গাউ-ও নংনা পাপ্পু পুবোকো।"
সুম্না কয়া চৈনরে। অহন ওইবী অতনা—
' ঙাইথো ঙাইথো ইনাওশা ! হন্দক খুমন ঐথোয়গী
ইকোপ লায়পন সোইদবু চাকতারিবা তমথিবা,
মীবু চাবা কাও অসে মোইবাং লোমদৈ লাকপনি।
কেগে লমদম অসিদা খুমন ঐগী ইপাচ,
লমজা মচিন মৌপুরা লৈ হায়বদো অনিথক্কে।
মপা মমা লোইরম্বা কাওনি হায়নৈ মাসি॥
লমজা অনি অতুনা অঙাং ওইনা লৈবদ।
কোজ্ঞনববু ঙমদরে। সুম্না চংথোরকপনি।
ইকোপ লমজাও অসিদা সুম্না চংখ্রবনি হায়
লমশল ওইন ঙাওতুনা অতুগনে নহোয়না
মপু পল্লা চৈবদো কাওসিগী মবন্দনে,
তৌমু কত্তে ঐথোইদা। চংথোবকপা মোইবাংনা,
তাথি লাকথি থোক্লগা— "ঐথো মোইবাং পন্দুনা
চৈববদ খুমম্না ঐগী সিদা লাক অগা,
হায়না শাওনি হায়গনু মপু পল্লু লাকউনু।"
হায়না থাম্মি অমনা। নোংবান মানা রাকমতু
তারে লোইনা তশেংনা। হুরাওরম্না নোংরান্দো
কোরৌ নোংদোন পকথরে - "সুংঙাই সুংঙাই থাংজিং-লাই'
নংগীদমক হায়তুনা কুমজা খুদিং লৈয়াংবা,

"খুমন লমদমদগীনি, লৈমে নৈগে লাকপনি।"
তশেং তশেং ভাকথোক্লে—। রাজম অহু তারগা—
"করিগীনো নহোয়গী খুমন লমদম অড়দা
ফংদ্রবরা লৈমৈবু ?—হংবিবদা বাফম্না
শাওনিংববু পোকইদো। রাংং জুগে ৎ চাত্রগা,
শাওবিগমু ঐখোইবু,—রামাংইদো খুদ্বিংদে।"
খুম্বি মুপী অহুম্না। নোংবান মানা—"শাওরুমু
নয়ুম খুমন লমদম'দ ইবোপ পা'পু অচৌবা
লৈমে হোংবা মফম্নি। সিবু নকোই খুমম্না,
লাকইবসি ওকইদো লৈম নৈগে হ'য়তুনা।"
রাহু মখা ভাবকই। খুমন মুপী শিংড়না—
"নয়ুম মোইবা লোক্তাকপু চাওবা হেল্লি ইকোপা।
ও'না নৈখিবসিনা ইশিং ফাওবা উাদেদো।
সিবু চাবা ফংখিদ্রে। খুমন ইকেপ মপুংমাই
নোংমাই লা'ইপন পে ই-দুদা শন অমা নৈরিহবু।
করি হায়নি ঐখোয়না! না ও'ব য়াহিদবে।
ওাথি ইন্সাং লাংজবা মৌনা কয়া অনি,
মাবু তানবা অথৌবা খুমন নৈপাক অসি
কাংবু কয়া অমনি, শিং লাকপা ওমদবে
প্রজা লোয়ন লোইননা লোযনা তক্লা হাংখরে,
নৈপাক হৌনা তানববু, মাবু হাংকে তৌবনু
ওমদ্রে খুমন ইখোইনা নৈরি হৌজিক ফাওবসি
অসিননি। খুমনগী নৈপাক অচৌবা চাদ্রে
ফদ্রে ওাগী জাৎ অহু—নংল্পে খুমন রানখে।"
তমজকরে অহুমদো-নোংবান মানা—"অহুদি,
কাও অহুগী মুর্ত্তিদি করম দৌই শুজ্জা-শা।

তম্মু তাসি" হায়রক্লে। নুপী অহম অচুম্বু
লেমনবা কিবহ্ন অহিংহুগী খন্দুনা—
'কাও অতুগী মচুদি ঙাংই' চুম্না ঙাংদেদো;
থাও তৈবগুম পুন্নংনি। নিক নিক লাওই য়েংবদা॥
মমৈ মুনা তাংই মন্নাংলেন কোরি চেল্লিদে।।
য়েৎলোম থংবা, মচীদা সনা লোংখুম হুকইদো
ওইদা হুকই লুপাগী। খুজিন নিপান অহুদা
সনা হাজং য়ৈবনা নিংথিজৈদা ফজখ্রে।
য়াংবা থোবা কনবনা মচী নপ্তে চুংগোইনি
মানবী নপ্তে থাংশাংনি। থাং-তা চংদে কাম্নদে,
থাংদ তাদ মতুমই শোকপা লৈতে ঙগোন্দা।
লায়ওয়রবা শন্নিনে সিনা খুমন রাখিরে।"
নোংবান মাগী কাহুদা তম্মে অহু। অহুনা॥
অহুম 'মরা তাবগা নোংবান মানা "ইথোহি।
ইন্নুম মোইরাং অসে মদা খং দুব্ ওইরদি॥"
সোনবিরকই মাহুদা শাওরে নুপী অহুমদো॥
অহুম না নোংবান্দা—"মোইরাং ইবুং ঙাংবও।
য়াম্না কনবো ইবুংবে।" হংলকইদো। নোংবান্না—
'কল্লি ইচন ঙাইবীশা! কেগে মেইরাং লৈপাক্কী
অকনবদা নিপাম্না মৈদা শকু ফজবা
মমিং মথা থক তাদ্রা?—থাই থাইজম্ ইবুংমু!
তাওবদি হায়না?—ইবুং হায়া হায়রবিয়ু
"ফরেহ্নদি হায়গেকো"—খম্বা নোংবান হায়রবদে,
তারিনিনা তাদরা?—হংবিরকই নোংবান্না।
অহম অহুনা "চুম্মি তায়"—হায়রবদা নোংবান্না—

নূরা অমা লৈরিদা মমিং তোরো কৌইদো,
অঙোম সিজ নিংথিবী হাযনা মমিং থানরি।"
মচন তোরো থাগংলি। থাজে অহম অহুমু,
নোংবান মাবু উবদা —"সিগী মচন ওইরদি,
ফজরম্নি শোইদনা" নিংনৈ মবুক মবুক্তা॥
মমৈহুদা নোংবাগা হরাওহুনা মবুক্তা—
লাইরবাবু অহুংদ "ঙসি অহিং অসিবু
নুপী চাদি ওইবনা যুংঙাইরবোই চংলসি।
নোংবান ঐদা চংলসি লেকও চাবো অহাওবা
পিজগেদে' ঐহাক্তা। নোংদু। নোংমুক মথক্তা
লেংল্লা পোংথকরসি মুগা কংখন থনবিগে
ঐগী মীবু থংহুনা নহোয ঙাসি সংহনগে।
নপোং ফাদে হায়নম্মু হযে' অমুক লৈবিগে।
হংচিং চংকে ননিংতৌ। কেগে লোক্তাক লান্দুনা
থিদু হায়ত্রা থিলহনগে।" নোংবা। মুম্না হায়রক্লে॥
মিন্দুং থাগা ওইবনে নোমাই চংক অহুদা
লোক্তাক খোংবান লমদমদা থাবন দুনা কুজবা
লাইজনগা হরং লং, নো ঙুখাগী নাবক্তী
না-চাও শিংনা তেৎনব' নৈনেন তৌবা ঙাক্ত ঙাই।
নিংথম মমৈ ওইবকপা—থাকেন মকোক চংলকপা
চৈরে অপাথশিংনা ঙংদাং চৈরে মারকপা;
খোকই মতম অহুমক, ইন্দ্রমদরে মতমদো।
সং সনা খৌগনগী চৈরে ফীজোন অহুনা,
চনাং হুম্রু তুকথবা কেজদনা ইরু-দু।
অঙাম নোংবান কৌবগ চাওনা শাংনা তোয়োক-তো,
মকুকনিংদা পেনবগী নিংথিবদা ঙাংঙকপা,

চাগ্রহনা জুং অহু ফজরেদ' নোংবান্দা,
লোক্তাক খোংবান অচুদা খুমন মুপী মনিংতা,
খোবুম মাণ্ডম উখরে॥ অহুম দুগী ময়কৈ
নহা ওইবী অহনা "লেকউসিবা" হায়রকই।
অহন ওইবী অহনা -"শক অসিগী মযুমদা,
য়াবরা লেকউ লাকউবা! মুপী অমতগী
মপু ওইয়ু হায়বদি খোক্তরবা নিপানি।
তাদ্র মানা ঙাংইসে! নংবু করম মুপীনো।
নচা কায়নৈ কায়বগী কপ্লয়দো হৌজিক্তা,
ইকাইদবী শাসিদি!" চৈরে নহা অহুবু
লোয়প নোংবান তাইন্দে, অহুম অচু য়াদরে,
লেকচররোই হায়হনা মুজা শিংহু লৈকোরে।
খোইরাং নোংবান চৎখরে যেংহোইদো নতাদো॥
ইমুং অচু ঙানবদা মুপী শিংহু চৎখবে।
খুমন লৈ াক য়ৌ দ লোক্তাক লমদম লান্দুনা
মমন হায়বা ঙাংনদে। হিজাও 'ঃম লে ইখরে।
রাংলেন মীকুপ অ দা লাইঃবাদি অঙমদো
লাইরু মৈশা লাংখিস্ত্রে, ত াক অহুং খুনথরে॥

৪

কেগে লোক্তাক খোংবান্দা খু ন মুপী অহুমগা
থেংনরুবা অহুগী মুমদাং অথেংবদগী,
হজিল্লকপা মযুমদা চৈরে মাগী তালোইশিং,
মশা ঙমদে হায়হনা 'কম্বী মৈবু থাগৎলি,

তালোইশিংনা নোইরকই খিৎলি চাংই হায়রুনা
"ঐবু থূত্তা অমনি অমাং অশেং শোকফদে।
নহোয় শোক্লরগনু।" হায়না নোংবান হৌরকই।
নোংবান ফিশেং সেংখরে নোংবান মতোম হিপখরে।
সনা মহি কাচিন্দা নোংবান চংখ্রে লৈখরে॥
মাগী তালোইশিংহুনা রাজখিবা অহুদি,
চরম মালম কংখরে। পুমিৎ হুম্নি ভবফাও
চাকী মরু অনতা নোংবান চাবা হৈতরে॥
অনা অয়েক শৈবগী নোংবান মাগী ইমুংদো
চেংনা চেংকু থম্না থম লকোই লভং বাংহন্দে।
নোংবান মা'দ অহিং দ হুমিন হৌগৎলহুমা
চারিবোইরে ময়ামদো চেংফুদগী চেংগংহু
শায়রে অহিং অহিংসি থংদে তালোইশিংদি,
য়ুমগী লাইনা ঙাওহুনা পোৎচৈ মাংলে হায়নরে।
কিনরক্লে ময়ামদো অনাবগা শৈবনে॥
নোংবান মাগী নাবসি তারে অঙোম নিংথৌনা
মপা চংলকপহুদা চোংথোরকই কাচিন্দে।
মপা' কোনগে ভৌবদ' শোকহন্দরে নোংবান্না
নোংবান মতৌ উবদা কপ্লে তালোই মখেহু॥
"ইপা শোনগে" হায়রুনা শোল্লুবদা মপানা,
ঙাঙা ওইরে হায়রুনা নোংবান মপা য়েংহুনা
'নংগুম্বনা পেতি চোং পায়ন সোর ফাত্তবনা,
কামশিনবাদ ঐঙোন্দা।" চৈরে নোংবান ঙাওশিনৈ
নোংবান মতৌ উবদা অঙোম নিংথৌ কপখরে।
খ দবা নত্তে নিপ খল্লাকপাইরা মপাদো,
ঙম্মখৈ হোৎনরে। মপা হুগী গুনহুম্বু

খংই নোংবান মহাক্না॥  অখংবা মানা তৌবা
মচাহুগী চক্রিদো থাদবাকপা খদরে॥
নোংবান হায়বা মহাকস্থু খংদ শিংদ নত্তেদো।
খোয়ুম লাইগী লাইরেন ফাও চিন্দা পুইদো লোইনবা।
নোংবান মানা তাগ্রব কাওব লৈতে বুদ্ধিস্থু'
মাইবী মরাই অমবু হেল্লি নোংবান মহাক্না
ময়ামচুগী মমাংদা লোগ্লা লাইরেন অয়াম্বা॥
হোংনমথৈ হোংনরে তম্ফক্রবচুদা
মপা অঙোম নিংথৌদো চেনগ্রে সংগ কোনুংদা।
তক্তা ফিবু য়েংতুনা কপ্পা কপ্পা থাগ্রাকপা
হুংগংলুবে মপুদা মচায় মঙং অপম্বা।
মনাই মরা তাবদা থারে মোংবাং ... দা।
সনা ম্যাথং থারক্রে নিংথৌ মাইবা নম্মক্রে।
থাংপা অঙোম নংক্লে দা  ম ইবশিংগা হায়রকপা
পোংকী জাংতুংখরে।  ংবা মাংগ লৌশিংবা
পোংকী মথৈ হার্বাজ্জা ইরোং ম ন ম্যায়ব
অঙোম নাগী শম্বাদা থে দোংনদা যাংদৌরে
লৌথিদৌরে মাংবনা খংঙ ' ংো পাম্না॥
' হানগ্রবদি কৎতবে লেখবনি ... অসি।"
হায়রদুনা নোংবান্দো লাইফোংখ ব তাওব ক্ল॥
নিকপা মথৈ নিক্লগ লোনবমা লোংগা
মমৈ থ দা নোংবান্দো লাইগী লাইনাই থারক্ল—
"হাই ' তাঙৌ ইদাইবেংশা। য়াংগ তুংওইনগন্নু
কুমজা কুনজা খুদিগী ঐগী সরেন কংপাদি
তান্নু থন্নু কৎলিদা ঐস্থু লৌই অচম্বা
কুমশি চয়ু চাবরোই—ইকো লায়ান সোয়দগী।

ময়েং পোপ্প, থোংদবা মনম চৈবুন থাদবা,
মচু ঙাংবা, ময়াংলেন কোরি চেনবা শল অদো,
মমৈ চামোর ভাংবনি মচি য়েংলোম থংবদা
সনা লোংকুম হুকপনি ওইদা লুপা হুকপনি।
খুজিন য়াংগু চনবনি কাওরেন মাবু চাগেদা।
কাও অহুবু চারগা স্বক্তা সোইদা হেনগেদা,
ঙাহোং চাকহোং পিবিগে, মোইরাং লৈপাক ইংহনগে।
কাওবু পিজত্রবদি মোইরাং লৈপাক মুংহনগে,
নিংথৌ মফম শিহনগে ॥" কাওরে নোংবান মহাক্লা।
লাইবাও অহু তাবদা কিরে মাইবাশিং অদো।
রাগী মখা তারমদে সনা চোরোন য়োখরে।
মপু সনা চোরোন্দ লাইরোন অহু তম্মুরে ॥
মপু সনা পুক্লিংদো, থাংজিং চিংজাও অহুন।
খংহৌদনা লাক্লুনা নম্লবগুম মখরে,
মপু মাগী কোকথক্তা লাগ্রে মোইরাং নিংথৌদো।
নোংবান মাবু মাংখনা য়েসিনবসু য়াররোই,
লাইখাই লাইপাও ফজগ্রে মানা ইহেন হেনখরে,
ঙাংনখরে মাইবমা সনা চোরোন হংগংলি।
মমাই নোংবান অহুবু লৈপাক মাইরোং ওইবগী,
মসিমগা খনবনে অরাবনা মপুদো
চিম্বান খেগুম লাংখরেরা 'মতা ঙাংখিদরে ॥
কংলা য়াইপুং য়েখরে। মোইরাং থাংসু হৈমখৈ,
কৌরে মোইরাং নিপামখৈ। কেগে খুল্লক অহুদা
দোলাই পাবা মভন্না পুয়োম ওইনা নোমখরে।
কারো কারো হায়তুনা লোয়না তক্ক তানখংলে ॥
মপু কংলা সংলাংমৈ লোইনা তিল্লে মোইরাংনা।
থোংলেন তারে ইনিন্দো—"খুদম লাক্কে ঐঙোন্দা

শাগী লানগী করিস্ন।" খল্লি থোংলেন থৌওইদে।
চাওবা মান্ন ভাবদা মাগী মবুক অনোইবা
পন্নহুনা কন্নকই। অতৈ.থাপ্না থিরুরে.
"করিগী মো" হায়রহুনা পুংগী লংজিল অম্বু.
থিরি মরক অশদা লৈবি স্নম্না ময়ুমদা।
খম্বা মান্ন য়োরক্লি লাক্লে নোংবান অহৃগা॥
নিংথৌ মাইবা লাকঅম্বা অঙোম নোংবান ময়ুমদা,
কোরৌ সিগা মতুংদা, খুমন মানা মচেমদা—
"ইচেম্মনবু। ইতাওদো ঐনা তা'বু নাবে হায়।
চৎলুবনা থোকদ্রা?" হাযজৈ কবি খন্দনা।
মচেম ফুনা "ইবুংঙো। চংনুগন্নু শাজোতোন,
ফমসেন্ননা নাখিবা অংমকন্ন থোক্লেদো।
অকল লাইনা ওইনা তায মাইবী চ'বনিংহাযনে॥"
খাম্মি খম্নু খম্ববু। মবুক ফবা খম্বদি—,
মরুপ নাইদি ভাবদা নুংশি খুমন হংনিংই।
"চৎলুগেদো ইচেম্মন চৎন হৌনৈ কদোগে।"
ইচুম ঃম্না খম্বনা চংকে হায়রে মচেমদা।
লাম্দরবী চন্নুদো "চৎন হৌনৈ চুম্মিনা"
খল্লহুনা "ইবুংঙো, চৎলু চুম্মি মাহুনা,
চৎলু চৎলু।" হাযহুনা খুমন মচা লাকচবে॥
খম্বা মনিন ভাবদা ঙাওশিন্নরকই নোংবান।
লাইনা কৌসিল্লি হায়না, সনা মহি কাচিন্দা
লৈরম্মি নোংবান অপানবা। খুমন চংসিল্লকুনা—
"ইচন থম্বান মানবীশা! উন্নজগে ইতাওবু,
থাগদরা?" হংলকই। "চংবীরকউ য়াগনি"
হায়রহুনা খম্বদো চংসিল্লকই ইমুংদা॥
মোংবান' খম্বা উবদা—"আঃ ইতাও ইবুংঙোবু!"

কোৎরম্মি—"পাথৌ 'বুংঙো।" হায়না খুম্মি শাজোম্না।
"অরাম্বা চাক ঙাইবগুম ঙাইজরম্মি ইতাওবু,
ঙসি নংনা লাকপদি পেনখয়েদা।" হায়হুনা
নোংবান মপান থোরক্লে। খুমন মানা—"ইতাওবু
করম করম তৌবগে ?"—নোংবান্না "ইতাও ঐদি,
শিসি য়াদবগুম তৌ, হকচাং অসি মুংঙাইতে।
কাবিনবা নৈতদনা লাই তোঙঙকপসিদা,
শিগদৌরি ঐহাক্তি। কাওরেন পাবোং কায়রেদো.
তাঙ্কহিস্নু শোইবেদো পাথৌ ইবুংঙো।" হায়না,
নুংদা হুবু কুমঃনা নোংবান নুংশি শারকই।
খুমন মাস্নু "ইতাওবু। নং ঐ নৈবগি তৌই
কেগে মোইবাং কুম্ম। পাথৌ ইবুংঙো নোংবান।"
হায়না খম্বা মহাক্তি যাওনা থবাই মঙামক,
কপই নোংযাই মচাদো। নোংবান মাদি কপসিনৈ
ফজবা মাগী মকুক অফবনা উকদে,
থম্বদবা অফবা পুকচেল ঙগী হোৌনবা।
জীব মচা ওইনস্নু চেক্লা চাগা লক্ত-কাও,
চেং মক 'মতা খুনবা কাবগুম্বা খ্যাদংদা
ফতববা মহাক্তি ফজদবা মহেল্লি।
মপি কল্লা অমতা তাদে নোংবান মমিংতা।
হিক্ হিক্ লাওই খুমন্দি মি'কম পিন থম্মিদো।
খুমন মানা—'ইতাওবু। করি করি চানিংই ?
চানিংবা 'মতদি পাথৌ ইবুংঙো হায়বা ?"
হংই নোংবান কাওদা।—"ইতাও 'বুংঙো নুংশিদা।
পংচা চাবা থাদেদো—চাহৈদবা চারগা
শোকই মিঙা যাদনে, সিনা থাম্না লুখরে"
খুম্মি স্নুম্না নোংবান্না। খোয়ুম মানা ইন্নিনগুম

খুমন মানা নোংবান্দা—“ইতাও মাইবী চংবগী
অনৌবা লাইনৌ তাবা মতম ’সি চুম্মি হায়নৈ।
ঐদি সেন্দি পুরক্তে ইচন শিংদৈ পুজগে।
য়েংবিয়ুবা অমুক্তা” হায়সিল্লুরে খম্বদো ॥
“সেল্লা নংত্তরবস্মু য়ানি ইতাও য়েংজগে,
মায় নোংপোক্তা পাংবিয়ু নখুং য়েংত্থু তিংথোকউ”
হায়বিখরে নোংবাল্লা। “কনি ইতাও” হায়হনা
খম্বা মখুং তিংথোকই। নোংবান মানা ফাওরক্লে,
খাবী মরোল লোল্লক্লে—“সলাই নোংপোক পাংবদা
মখোং মরি পানবদা তাইবং দোশা পিদৌরে।
মৃত্যু লৈরে ইতাওদে। “কদায়দগী মাথদি
ঐদি চৎকম লৈতেনা।” হায়না খুম্মি খম্বনা ॥
“চংত য়ারোই চংকনি লাইনা কৌগদৌবনি,
থা ’সিগীবু মনুংদা নিনি ছুম্মি অসিদা,
থোক্কদৌরিনে ইতাও।” ফাওরে নোংবান মহাক্লা ॥
“কমদি তৌনি ইতাওবু।” হায়না খম্বা খুম্মগা,
প্রতিকারদি ইতাওন্‌ করি করি লৈবগে”
অমুক হংই খম্বনা। “মাসি প্রতিকারদি
ইতাও থোইনা উদরে।” স্তম্না খুম্মি কোংয়ানবা ॥
নোংয়াই খঙ্গানহনা খুমন য়ুমদা হল্লক্লে।
ব্বারম পুম্বা মচেমদা তমজররে—“ইচেক্সন।
থাংকান কাইবু-চুপ-সেক্সু, কাংথোংস্থু লোইনা ঙ্গুরে হায়।
মৈতদি য়াংলি হায়দো।” খুমন মরা তাবদা,
খুম্মু লমঙ্গা লাইরবী মৌপুরাগী খনবদা,
য়োংন শোকপা হঙোইগুম শৈনাই হনা লৈবগী
পল্লেম পল্লৌ হাক্তকী অরা চৈনা খোন্ন-কং,
মি স্না খম্বান মানবীদো চিংক্লুম লাইজ ইংকুথোক

থিঙেন লাইজ ইনম থাই—হিক্লা, হিক্লাহেক কপই ॥
মচেই মতৌ উবদা খম্বা হেন্না নুংঙাইতে,
মবুকনিংদা ৱাবদি থুমন মানা উহন্দে।
"লাইনা শিয়ু হায়রগা শিগদরা ইচেক্কন।"
"শাজৌ করি ৱানোদা লাইনা হায়র হুমঙাই,
নংনা তম্বা ঙম্বরা ?" সুম্না থুমই মচেনা ॥
"শিখিরোই ইচে ঐদি—ঐগী পুন্সি শাংই হায়।
চংশিন্ত্রগা হেক লোইরে। ঙসি নিনি হুম্নিসি,
থা'সিননে শিদ্রি-ফাও—কৌজেং অমই মনাক ফাও
লোইরে চংবিক্লত্রগা, কদায়দগী শিরুনি।"
সুম্না থুম্মি খম্বনা। মচেম-হুগী খনবদা
ৱায় অতৈদি ৱাবিদে শিবা লাকপদা কিবিদে,
থুমন মতু চুংবিদে। মচেমহুদি খোইরাংই ॥
নোংবান ম্যাদি হরাওরে "মাদ-লাকপ ঙাইবনি
হৌজিক্কি কারগেদো" হায়দুনা নোংবান লাঙেও।
কীঙৌ চামার সেংকংলে। লাংথে মপোপ অনিদং
চিন্নে মনা অনিদা। মোইরাং লমজাও অহুদা
কৈন কৈন পোংহুনা কাখৎলক্লে নোংবান।
চাওগ চাও মীওই মীতৌ ফজবনা অপাম্বা
লৈপাক ৱা ৱা লাওরকই "আই আই মাইবীনি" মরাম
হন্দোক্লে' লৈপাক পুম্না। নোংবান কোন্নুং পায়থরে ॥
মকোক লাইবু ত্তোংবনি নোম্থকদে হায়দুনা
নোংবান নিংথৌ খুরম্বা—জুর তৌই মপুদা।
মপু সনা য়াথং নোংবান মমাই ফি হাইদোকই ॥
"অমুম নোংবান কমদোই ! পাম্মুইদকো অপাম্বা।
ঐগী শাগন তেক্লেদো।" ৱান শোজি নিংথৌজা।
"ইনিংথৌবু করিগী য়াদ-দগে মাইবীনা

য়াই, সনা থোগল্লাংগন অকল অথৌ অপুম্বা ॥
হংগৎখবে নোংবান্না। "চুম্মিনহো অপাম্বা
চকপা-লম্লাং মাইবীনা য়াই হাযনা হায়রম্মিহো!"
নিংথৌনস্ থাকপিরে। "চকপা মাইবী অম্বু,
ননাই ঐসু খল্লমই—ইমা গুরু ওইদিরা।"
সুম্না নোংবান সৌজিন্নি নিংথৌ' নাতে থিম্না ॥
"তযুম নংনা কাবকপা নুংঙাইখরে ঙসিদি,
নংনা কাওই হায়রকপা লাইগী লাইরোন তাবদা,
য়াগ্রে ঐগী থগ্রাইসে। ঐগী মোইরাং লৈপাক্তি
খুবাক মকোইদা তাবা করি লৈত লৈপাক্কি।
থোয়ুম মাগী মপাওবু শোইদ্রববা অশেংবা?
থুমন লৈপাক হায়রিবা ইতাও খুমন নিংথৌগী
চাওরবদি লৈপাক্কী। প্রজা ম্ ‌ যাম্মিবা,
অকল-অথৌ চংখোনবা -লৈপাক তুনা শলম্বু
লাকপা ফাবা ঙমদ্রবা খুমন ইকোপ লমদমদা
চাখরবা শল্লাওনি। মুবু থাংজিং লাই 'ধুনা
চাগে হায়রে হায়াইবা মাহ তযুম তাবদা,
য়ারে ঐগী থগ্রাইসি। পাংনবদি অমনা
শিন্দোক শিঞ্জিন তে'নবা তথুম যাররোইদরা?"
মোইরাং নিংথৌ হংলকই। নোংবান মানা—"ইনিংথৌ
ননাই ঐসু খংদবে লাইগী মরা ওইবনা।
লাইনা তোঙিঙঙৈংদা লাইগী মপাও ওইনদি
হায়দোকখিবা ওইবিনি। ননাই ঐগী ইবুঙ্গা
তুংহৌবদি নত্তেদো। থোযুম মপাউ ৎইরবদি
শোইদ্রয়োইদো ইনিংথৌ। লাইপাও ওইনা ফাওবগী
শোইদ্রমাল্লে, কুইখিদ্রি—ফজে য়াম্না চাওশাংই,
অতুনা ওইবা তাবে – মানা ঙাংবা য়াঙাংদো। –

'শিরম্ন ইরাইবক্কী চংঙে ফরে - নিংথৌগী
মচা ধরা পান্দবা খোয়ুম মানা পাঙ্লনগে,
হায়বসি তাবদা ঐগী পুক্লিং নুংঙাইরে।
হান্দক্কী কাও অসিদি ঐ কাজরগে' হায়না
লাক অমই ননাই অমা ইনিংথৌগী প্রজানি।
পুখম সেঙ্গা তরেংথক পিরম্মি ঐগী ইখুৎতা,
'অচানবদি ননাইনি নংনা হংগৎপিকবো।
কেগে চৈরাপ ফাওবদা কোংবিয়কো হায়রম্মি।
ননাইসিগী মগুনতুক যেংখিবনা ফগদ্রা।
থাজে ননাই ঐহাক্কি ঙমগনি সুম্না নিংই।
মাগী মত্তৌ উবদা মথ্বাইনগা পাৎগা। ॥
হংগৎলম্মে নোংবায়া মপু মোইবাং নিংথৌদা ॥
নিংথৌ কোক চাওবা কাবে নোংবান মরা তাবদা,—
"খুমন লৈপাক চংবদা ফাবা ঙমদ কাওত্তবু
কাগে হায়রি হাযব হু মোইবাং মচা কনানো?
হায়ু তাগে কনানো?' হংঙে নিংথৌ খোরাংনা ॥
"ননাই ঐবু ইনিংথৌ মরুপ হুনবা থোক্লদ্রা?"
"হায়ু কনানো তযুম নিংথৌঐনা" খংনিংঙে।
"ননাই ঐহাক হংগৎকে, মানা হায়বে হায়বনি।"
"চুম্মি হায়রো তারসি করি দোশ লৈবগে,
মানা হায়বে হায়বনি" হায়রবদা নিংথৌনা।
"ননাই ইতাও খম্বনি" হংগলক্লে নোংবান্না।
নিংথৌনা—"হায়নু নোংবান - শন্না উরোক থোং লান্নবা,
উর'সু উদে হায়ু—হায়বা বাকমচু থোকই।
হায়রম্মোইদা নতাওদো থাজদরে" হায়ক্লে ॥
অথেংবীদা নৎতানা য়াবরোইদি উরক্লে।
নোংবান মানা অথেংবী—"ইনিংথৌ নোংবান্না,

ইচিন চোনবা,তাজগে.ননাই ইতাও কৌহ্নবা
মশাদা 'মুক্তদি তুক-হংবিরগা, ইতাওনা
"হায়দে' হংগংলরগা ননাই ঐগী ইরাম্ন।"
হংগংলকই কোংযানবা মপু'সনা পুক্লিংদা
খম্বা হাযবা মহাক্না হায়রম্লোই হাযবা অসি
হোজ্রোং উবি খম্ববু। "চেন্দবগী মচানি
হায়রবদি চেল্লোই। হাযব্র হাযদে হায়রনি।"
খর্নবিরগা নোবানদা—' তম্মুম নোংবান নহাক্কী
খংগে নগুন অহুস্থ—লাইগি মপাও অহুস্থং
অশেংবনি, তারসি খুমন মচা কৌরুরো।"
সনা য়াথং তৌরক্লে। দোলাই পাবা থারক্লে॥
লৈপাক তিনবা লোইপ্রবা কংলা যাইপুং খিনখিবা
খম্বা মানা কাপ্রিডৈ কেগে কংলা অহুদা,
দোলই পাবা নিংথৌগী যাথং পুবা লাক্লিডৈ,
অযুক-তদা মচেম্বা "মন মাবু রেংঙগা
"ইহু লিংথৌ ইবুংঙো। তাওনে ইচে রা হাযগে!
ইচেম' খোম্লেন মংলাক্লান ইচে' চৎলি তুরেন্দ:
লাইজ ইপান লাংববু। পুল্লাং কোক্লা থোংহনা
ইমু ময়োন শংতুনা কারকপদা ইবুংঙো!
থোংনুংদগী তোরবান য়োম্বা কৌবা নাইদেদো।
কোক্লা থোংবা পুল অদো নাম্হনা তাববু
কায়বমক্তি কায়রমদে। ইচেম' লিক্লাং অসিস্থ
কোঙ্গোই অসি নাম্থোকই, মালেম থক্কা তাববু
চাইরা-মক্তি চাইথোক্লে। লিক্লাং পুল্লাং অনিবু
খুঙ্গভুনা লৈরম্মি। স্নুম্না তৌই ইবুংঙো!
খুমন নংগী খনবদা ইচেম পুক্লিং লাংইদো॥"
লৌজে মঙগী রারমহু। খুমন মাহু তারগা—

"কালেন মঙনি হৃচঙ্কান—মঙজোয হাযবা 'হুনিদা,
পুল্লাং কাযদে লিক্লাংসু চাযথোক্তেদো কৈদৌদে।
অক্ষবদি মঙনিদা। হাননা নচেম মবুক ক্ষায।
দোলাই পাবা অনিনা নোংবাই' হোজং যৌবদা,
উবে খুমন চনুনা—চেনসিল্লাব্র হুমুংদা,—
"ইহু নিংথৌ সেংউবে, দোলাই পাবা অনিখক
লাকইনহাই ইবুংঙো। নবিগীনো শাজৌবা।"
তাকউবেদা খম্বদা। খম্বু নুংশা থিকবে।
খুমন মানা—"হৃচেঙ্কান, বা ল'কপা হৈবিনি,
লাবচসনু নদোগে" খুম্ম খুমন নহারা।
দোলাই পাবা চংলবে ফাদা থাবে ক্ষমথরে॥
লাইববীনা "ইবুংশা! কাবগুবা লবগে?"
দোলাই পাবা অনিনা—"খুমন চনু অরেম্বী,
নোংযাই চনু পাচিংনা হংদে নপাউ নৈথোইদি।
নপু সনা যাথংনা নহু নিংথৌ কৌকতা,
নতাক পিদো ইবেম্মা।" খুমি খম্বু মডোন্দা॥
খম্বা মাগা লোইননা দোলাই পাবা শিংহুগা
নাবকংদো কৌন্নুদা। লোম্বাং প্রজা উহৌবা
ডাংনহৌই মথোইনা "চসি খম্বা ত্তুবু
পৌখি দোলাই পাবনা, কবিগীনো ব্রাবমদি
খংদ্রেদকো।" খম্বখি—"কবি ওইকুগদগে
পানা মকোক হাযবসি থবক' থবক চাক্তনি।"
অব্রা নুংঙাই চৈবকওই, স্নুয়া ডাংনহৌইদো॥
খুমন মানা লাকপদা সংগাই বৈথোপ অহুদা,
লেংথোক-অম্মি নিংথৌসু, সনা মাংদা লৈরম্মি
অঙোম নোংবান মহাক্সু। নোংবান উবদা খম্বা—
খল্লি "ঙসি নুমিৎসি লৈবে কবিগুম্বা 'মা।

অনাবনা কারম্মে—তৌজসম্নু কৈদৌনি,"
সনা মাংদা চংলকই। সনা চরন খুরম্মে।
মপু সনা য়াথংদো—"খুমন ইবুংঙো নোংয়াই,
থর তোয়না মকাউ-শা! ফম্মু ফম্মু" কৌবিরে।
মোইরাং নিংথৌ হায়বসি অঙাং অমা ফাওবদা
লুনা তৌই জীববু। ("জীব য়োকপা—হায়বসি,
জীব ঐগী ইথৌনি মাগী সেবা তৌবনি।"
স্নুম্না চংলি ধর্ম্মসি। য়েংই নুংশি জীববু।
খুমন মাবু উরদা "ইতাও লাক্লে" হায়তুনা
কৌবিরম্মি নোংবান্না—খুম্মি "লাকএ ইতাওবু॥"
নিংথৌ সনা য়াথংতু "খুমন ইবুংঙো নোংয়াই!
নতাও নাব চংলুব্রা?" হংবিরকই লমজাদা।
"ননাই খম্বা চংচরুই" হংগৎচরে খম্বনা।
"কাওগী বাদি তাবরা?" হংবিরক্লে মপুনা।
"ননাই ঐহাক তাজদে—" তাদে তুমা হংগৎলে॥
অঙোম নোংবান য়েংতুনা—"তয়ুম নোংবান অমাইবী!
হায়ু হায়ু! নতাওস্নু, বারম পুম্বা তাসন্নু;
নংগী লাইগী মরাস্নু বাফম পুম্বা অমুক্তা,
লোইনা তম্মু তাখিসি।" হায়বিরক্লে মপুনা॥
নোংবান মামা—"ইনিংথৌ! থাংজিং লাইনা ফাওরবা—
লমজাউ তাবা শন চাগে। কদায় লমজাউ তাবগে?
ইকোপ লাইপন সোইদগী মরেং পোপ্পু থোংদবা,
মনম চৈবু থাদবা কাওরেন মাবু হায়বনি।
হায়মা লাইনা ফাওরবা—নিংথৌ মাইবা কুম্মকপ',
ননাই অঙোম ঐগীদা। তুগী নোংমা কোনবদা,
লাকই ননাই ইতাওসি। ননাই ইতাওনা হায়রে—
'হান্দক মোইরাং থাংজিংনা পাম্মি হায়বা শন-সিদি,

ইপারম ইপুরমদা চানা শনবু থোকইদো।
ঐ ফাজগে ইতাওবু! ত্থুদা ঙমদ থোক্লগা
কোন্ন প্রতিকার তৌসি। শন-ফানবা খুজিন্দি,
ইতাও নংনা তৌবিয়ু। যামদে ৱাবৌবিগনু—
পুখন সেঙ্গা তংরৎসে লৌবিয়ুকো ইতাওনা।
ননাই ঐদি ইতাওদা থম্বীরমগনু ইতাও,
হাযজবদা নমত্থনা থনম্মিদো ননাইনা।
ননাই ঐগী পুখয়া থোইমা ৱাৎচদবনা,
সিজিন্নদে লগোই॥" হংগৎলক্লে মিংথোদা॥
খংসি তম্বদা নোংবান ননাই খিৎতা লাংসিন্দে।
লুনা তাংথক নৈতনা যেৎক। ওইগা ফম্মিম,
খুমন নাগা নোংবানগী নপু সনা মাংত্থদা,
হাযরকপসি নিংথৌ তা। খম্বা মাবু যেংঙগা
মপু সনা যাথদো "নযুম খম্বা কমদৌই?
নতাও তম্মিবসিদা কয় কবি চিংথবি?"
তমুক হংঙে খংদা। খুমন ৱাসি তাবদা,
খম্বা পাম্বোম চোঙঙকই। খুমন খোযক্‌ম হৌবকই।
পম্লম অনি নক্লনৈ। "ইচে ইবেম্ম চুম্মিদা!
খুংদা লাইরিক ইবনি ফক্লাং ভেংপাক তম্বনি।"
খল্লুবগা খম্বদু কৈংবমক যৌবকই।
"হাই! পুক্নি নৌরকইনা!" হাযনা খম্বই পুরিংত্থ
যোৎকুম উগুন কনথরে। মপু চোবোন যেংত্থনা—
"ননাই ইতাও নোংবান্না তম্বদা তাজবিবা
সিমি। তম্মিবসিদা চিংথ চিংথদবদি
ননাই ঐদি থংজদে।" হংগৎলক্লে খম্বনা।
খম্বাই মৱা তাবদা—"ত্থদি খুমম কবিনো
নতাও পুহাযাবিবসিদ—খম পিক্লদবকো?"

হায়বিরকই নিংথৌনা। খুমন মানা—"ইনিংথৌ!
ননাই লমজা ঐহাক্তি মপু সনা চবন্দা,
থৌগল্লোন্দা কায়রেদো। যোল্লবদি লমজাবু,
ননাই ঐগী যেংবিনু। বোরৌ নোংগাখববা
ননাই ইপা ইমানি চোবন ননাই নহরম্বা।
অনিদুগী যেংদুনা মহোব পোকচরম্বনি
সুম্না ননাই খম্ববু ভাকপিযুদা চোরোম্না।
ননাই ইতাও নোংবাগা হংগংলবা বাফমদি,
থৌগল্লোন্দা হংগৎনি। ননাই এদি যোল্লেদো।"
হংগৎলক্লে নিংথোদা সনা লৈথং 'বরিনো!
হায়ু কবি কাযকন চংশংবগ তায়দোকউ।"
নুংশিবগা অথুম্বা যাথং থোক্লাব কানাইনা,
তাকপিরক্লে নিংথৌনা। খুমন মানা-"ননাই ঐ
কাওগী মবোন তাজদে, পঙকদে পুথনমু।
ইতাও মাবে হাযনগী চুম্না হংগা চংচবহ।
ননাই ইচিন থংনা-লমচা ইচেম লাইববী
মাগী সেবা তুতবু চেমগ্রবোহৌ খমবগী
লাইগী মপাউ অমতা তাংদোদ ননাও ঐ,
হংজকরে ইতাওদা। 'খুনাক মযু যেংবিগে,
নমায নোংপোক চেন্দুনা যম্মু' হায়না থম্মাল্লি
ননাই ঐবু ইতাওনা খুবাক নাযি যেংবিবে।
'নোংপোক পানা ইতাওদা এখোং মনি পাম্নবদা
ম্যুতু লৈরে শোইরবোহ প্রিতিবারসু লেত্রে।'
হায়বিদুনা তুদগী যুনদা অদুন লাকচরে।
বাফম অদু হচেমদা তনজৈ ননাহ ঐহাক্লা।
কল্লো তুদে হাযদুনা খচিন ইপা থনজৈ॥
সিদৈ হেনবা বাফমদ কায় মতা খংডদে।

পুখম পিবা, শনগী পাঁও করিমতা খুংজদে—"
হংগৎচরে মপুদা লমজা লাঞ্জদবনা॥
খম্বাই মরা তাবদা মোমোন নোকই নিংথৌনা—
"খুমন মাস্থু নোংবান্স, ইওই ওইনা হায়নরি
কবি ৱানো অসিদে!" খল্লুরগা নোংবান্দা—
"তযুম নোংবান কমদৌই—নংনদি হায় হাযরিদো।
হাযদে হায়বি নতাওনা—কবিনো কনা ওম্নে।
ওন্নরববা নংনা?" হংবিবকই মথং 'মুক॥
নোংবান কৈস্থু থুকপিদে—"কৈদগীনো ইনিংথৌ,
ইশেং শেংবা পিবমি, পুখম সেঞ্জা তয়েং-তু।—
কবি ৱানো ইতাওবো! হাযনিংঙাইদি হায়দোক্লে!
মতুংগীদি খন্দনা অঙাং মচামদৌনা!!"
হাদোরক্লে। নোংবানগী মরা অতু তাবদা
খুমন অঙাং নোংযাই মৈরী মতোন্দা লেপ্লে।
মোমোন নোকই খম্বনা—"কবি ৱানো ইতাওবো!
'দি হাযদে পিদেনা। ওইদবদা কবিনো!
নংনা মাইবী চংবদি লৈপাক মাংননববা!
এচোন্দবু ইতাওনা অতু ফাওবা ঙম্মবা!
অতুমদি নহাক্তি যাম্না তৌরম্লগনি!!"
হাংবক্লে কোংযানবদা। নিংথৌনা—"তযুম নোংবান!"
কান্নানবনা—"ইনিংথৌ!"—"নংগীসিস্থু কোংযানবা!
হাযবা যাবে হায়দুনা পংহায হাযজিল্লবরা?"—
ইনিংথৌবু নংচদে—হায়বা য়ারে হায়দুনা
পংহায হায়বা ওইরবা! চোরোন সাথী ওইগনি।
'ম্বা কৈনা লেপচা হেক চাপ্রসন্নু ইমিংথৌ।
'াংগী তাগী-মযাদা ননাই মাংবা ওইথ্রগে।"
মাংবান মানা হংগংলক্লে, ৱাশক অসি তাবদা

স্বাই হেক লাওই মপুদো—'হীঃ। রাসিদি" খনখরে॥
খুমন মাবু য়েংদুনা—"তয়ুম খম্বা!"—"ইনিংথৌ!"
—"নুপী ওইবা জাৎ-তনা, 'পারি ইমোম ফুইবদা,
থাংনা থায়বা ওইরগে' হায়রবদি লোইরেদো।
নিপা ওইবা ঐখোয়না শা, কৈ পম্বা রাশকপা!
থাং-তা পনখববদি লোযবে ক্ষত্রি মচাগী।—
তাও হায় নোংবান! খংউকো নিংথৌ ঐগী ইমাংদা,
শা-কৈ পম্বা রা ভাংবা হৌনদবনি নোংবান!
নিংথৌ হায়বা অসিদি এয়েক নাইবা থাবনি।—
খম্বা! নতাও নোংবান্সে শাবু .কবু পল্লেদো!
পিদ্রবস্থ হৌজিক্তি পিবোহ নিংঙে ঐহাক্লা।"
হায়বক্লে। রাম্বুবু হেক তাবদা খুমন মানা—
"অজ্ঞা! চুমই ইনিংথৌ--মনাই থৈদি হায়জদে।
অহুমকপু চোরোন্দা—মনাই লমজা ঐহাক্লা,
পুখম সেঙ্গা তরেৎ-তু লৈজববদি, মনাই
ইচেম থম্ম লাইরবী লৈকাই চনিরদুনা
চাগদগে কবিগী। হান্দক মুক্তা মপোক্লু,
লমজা ওইরে মনাই ঐ! পলেম পন্থৌ শক-তুবু
খংজদরে—উদরে। মমাই ইতাও নোংবান্দা
পিরুরবা পুখম-তু, কাও ফাগেদি হায়রবা।
খম্বা হায়বা লমজা মপোক সিদা নৎতনা,
মপোক তরেৎ পোকখ্রগে লমজা ওইনা মনাই ঐ।
ইমা ইপা ফংগ্রবোই--মনাই খম্বা তৌজদে।
বিষ্ণু ওইবা মপুনি, সাখী ওইগে বিষ্ণুনা।"
খুমন মাম্বু রাশক্লে। রাফম অসি তাবদা—
"তয়ুম নোংবান তাবরা শামা কৈনা চাগ্রগে
হেক্তি চাবা নংদো। হায়নবাইবা অচুনি।

অমম অঙান মুনিং থা লাইগী ৱাশক কৌবদি
নতাওগীনা থোকইদো।" হায়না নোংবান মঙোন্দা
চাবে মোইরাং নিংথৌনা। নোংবাম মবুক অদুদা,
"মাঙেড কম্নো অসিদে থাজখ্রবোই খম্বদা।"
খনখ্রদুনা নোংবান্না অকনবদা থেংওক্লে।—
"হংবিরুরমু ৱাসি, হৌনবনি মুম্বা 'সি
খুমন হায়বা জাংকিনি লিন উত্রগা চৈখোক শাং,
টবগদি চৈখোক তেন মাদ নত্তে মাসিদি।
ইকু পুরেম্বসুনি, মপু পারেম্বা কৌবা,
নেখ্রৈমা মমাং—মুম্না মম্মা তৌই হায।
মূর্খ লান্সিগী পাংবু! মমা ফাত্রগা ফানি,
ননাই নোংবান ঐহাক্লা॥" হায়না নোংবান চৈবক্লে,
মনা মাংদা চোংথোকই, পাম্বোম গ্রি গ্রি তিংলকই॥
চাকবদি মৈতুপা ইকং হুঞ্জিল্লুবগুম
খুমন থমোই লকাদা মৈছোবক্লে। মৈতুগী
মৈরী' স্বর্গ খেৎখরে। প্রলয মৈদি কোটিমা
খুমন মাবু চাক্লক্লে। মৈরী অদু খম্বগী
নাঙোন নাকোং নিং য়াদা ঙাংনা মৈতোন ফাওরক্লে।
"পিগা পিদেগা তনি চুম্নি চুম্না মহায়ু,
হপা হনা পনবদি ঐনা করি কায়দুনা,
খকাপ লায়পন সোই-দুদা শন ফাবদা শিবস্থু,
মমা মাংদা শিবস্থু অঙ্কাই অস্না মতনি।
ঙসি মুনিং অসিদা নোংবান লোইগে" নিংখবে।
লমা নিংথৌ উখিত্রে শাওবা লিমগী হুনা কুপ,
খম্ব পুম্মম মমখবে, মবেম মোংশা শিংদুনা,
পাম্বা মশক উবদা কৈগী মঙক তমদুনা,
নোংশা হুঞ্জিল্লকপগুম খুনম চরৈ তাথৎখ্রে,

খুমন নমদা কুপ্লম্বা মুস্নম ফীহু লংথোক্লে।
"করি নোংবান" হায়তুনা চোংশিনখরে খম্বনা।
নোংবান খুজেং অহুবু পায়গে 'হুগা চিংথোক্কে।
খম্বা মাম্বা থিবদা, ফি খুমুংদা নোংবান্না
মখুৎ অনি অহুবু কোয়থাং থাংঙে লোৎখরে।
খুজেং অমা ফাখরে খম্বা থিন্দে, নোংবানবু
চিংথোরক্লে, নোংবান্দো থাংবা লাকপা ঙমখিদ্রে।
তেরা মফোননদোগুম পাইরে খুমন সউমদা॥
সনা য়াথং লাওরকই "হীঃ তয়ুম খম্বা ঙাইখো।"
তাকপিরকপা য়াথংদো থুংখ্রে খুমন মহাক্কী
চংখ্রে মাকোং চক্রদা। নোংবান হুন্দোক্লহুনা
চেন্লিনখরে নিংথৌদা—মপু সনা মাংহুদা
মিৎতা পিবু তাহুনা খুমন লমজা হংগৎখ্রে—
"চোরোনগী লন্দি ওইবা মাংবা য়াদে মনাইদি,
ননাই খম্বা মাংখ্রগে, ননাই ইপা অহুনা
পোক্লম্বদি ঐহাকপু ইপা থৌদাং থাংনবা
থোক্লে ননাই লমজাদি। শিজরগে ননাই ঐ,
সৈত্য হায়বা লাইহুনা লমজায় সাখী ওইসনু।
ইকোপ লাইপন সোইদগী কাওহু ননাই ফারগে।
ননা ঐনা নোংবান্দা পুখম সেঙ্গাদি পিদে।
কাওগী মরা হুসু ননাই হান্না তাজদে,
সৈত্য কৌবা লাই'হুগা বিষ্ণু কৌবা চোরোন্নে
অনি সাখী ওইগনি! ননাই শনবু ফারগে॥"
হায়না সনা চোরোন্দা খুমন মাদি তুক্লরে।
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"নোংবান নমায় পান্দবা!
মীনা চিংগে তৌরগা করি থাংই নহাক্কে!
লৈপাক তিনবা অসিদা মীগী পিবন পাবনবা!

ৱারক্কুবা কোংযানবা!" চৈবে শাওরে নিংথৌনা।
খম্বা রোমদা অমুক্কা—"খম্বা লৈপাক তিনবদা
নিংথৌ ঐবু ফম্বদা, মীবু চিংবা হৌনব্রা?
যাম্না কনখ্রে থৌমনখ্রে।" অনিমকতু চৈরক্লে।
"ঐগী ইমাং অসিদা চান্নৌ কোন্নৌ অনিমক।"
তাকপিবক্লে সিমস্তু মপু সনা যাথংদো।
নোংবান কৈস্তু শাওনিংদে করি 'মতা ইকাইদে,
অতুমকপু নোংবান্দো কোম্নৌ হাযবা অতুদা
হেক কোম্নদে খাঙ্‌ঙকই, অনি অতু কোম্নরে।
খুমন মামা—"ইনিংথৌ! ননাই লমজা ওইবনা,
ৱাবক থৌবাওদবগী কাযবনি ইতাওদা
ননাই খুত্তি পাইকবে। দোযসিগী ঐহাক্না
কাওবেন শনবু ফাজগে। শিগ্রবদি শিথরে—
"কোপ লাইপন সোই-তুদা কাওরেন মাগী মথুংতা।
হিংলবস্তু ননাইবু মপুই নঙ্গল ওইনবা,
থাংজিং কোযরেল লাইতুদ। শনসি কংল' তুংতুদা,
উচান খাংগে সেবৌদা যোংনবিয়ু তুম্বীদা॥"
হংগৎলকই অমুক্ক্‌। নুংশিরবা মনাইনি,
লমজা খম্বা মহাক্কী, থম্মোই শোকপা ৱাহৈনা
হংগৎলকপা তাবদা মপু মোইবাং নিংথৌদি
পুবা ঙমদে ইন্দ্রিদো পাযম ফবা মপুদো।
"খুমন ইবুংঙো নোংযাই—লৈপাক তিল্লে হাযগম্তু।
নং ঐদা ঙাইবিঙৌদো হাযনবনা অমনি।"
নুংশিবগী মনাই খাম্বিরকই মপুনা॥
"চোরোম কুপা তৌবিয়ু" হন্না হন্না হংগৎলে।
"খুমন নংবু ইবুংঙো! কেগে চৈরাপ ফাওবস্তু
হাযরম্রা। নংগী সিবো?" সনা য়াথং হংবিরে॥

"ননাই হাযজরগনি" খুনজখবে লমজানা।
হোংদ্রোইদি হাযনসে উবে মোতংবা নিংথৌনা।
কেগে মোইরাং চৈবাম্পা থোনবা যোংবা হাযবিবে॥
খম্বা নোংবান অনিনে থোক্লে লোইনা চৈবাম্পা।
মপু মোইরাং নিংথৌদা লহৌরে থেংনদুদা॥

৬

খম্বা নোংবান অনিবু উরকপদা চৈরাপ তৌ—
"ঐখোই মোইরাংগী চৈরাপ কাবান হাযনা
যম্বা শাবা ওসিদি অরেম্বন কাপ্পদ,
হান্দক সনা হাক্তংসিদি অস্তুক যাথা শিনা
ফল্লাং তাবগদৌনি, রা লৈইবা থাবোইদনি।
অগাং অনি থাওদনা রাণী ফীগ তারোইদা
থোংলেন চাংবা কনাগী মনাও হবু ডোকপা,
থোংহেন খোংপাম নিংথৌ ফাওবস্তু-চু লৈহাইরে।
ঐখোয মোইরাং হাযবনে মহোয অনিদমরি॥
লাকএ লাকএ" হাযদুনা থাংনবকাই মথামদু।
কেগে চৈরাপ তিনবদা খুম্বা নোংবান চংলক্লে।
"নোংবান হাবা অসিনা তৌকইবা কদোমদৈ,
মাইবী চংদে হাযদুনা।" থাংনৈ অম্মা লখামদু।
থাংগবাকপা অম্বা নোংবান মাবু যেংদুনা—
"অগাং নংনা কদাযদা কবি থংলোন তোনগে?
লাইনা—ইকোন সোইদগী শন চাগে হাযরে হায়না
নংনা তৌথোরকপসে জুগোৎ চাদে নোংবান নং॥"
চৈরে কোংযানবদুবু। "করি রানো ইপম্বো!

ঐনা হায়বা নত্রেনা, লাইনা ফাওজবা বানি।"
খুম্মি নোংবান অপানবা। "অদু ফনা ওইনস্নু,
হৌনদবা বাফমনি।" ড্রাংই থাংগরাকপনা।
"হৌনদবাইবু সিদা—শন ফাবিনবা লৈতে,
শিগী নৎত্রা ইপম্থৌ?"—"হো-মানি 'তুনিদনা।"
নোংবান মানা—"মাদুদি ৰাবিরনু লৈরনি।"
সুম হায়না কোংয়ানবনা খুম্মে চৈরাপ তিনবদা॥
থাংগরাকপনা—"কয়া, নোংবান! কনা' শন ফাবা?"
নোংবান্না—"ইপম্থৌবু! শন ফাজগে হায়দুনা,
পুখম সেঞ্জা তরেৎখক পিরবেদো ঐচোন্দা,
ননাই খুমন ইতাওনা। তুগী নিংথৌ য়ৌমরে,
পিব-তারে পুখম-দু, শন ফাগে হায়না য়ারে।
কেগে চৈরাপ্তা 'তুনা পুথোরক্লগা সিনি।"
হায়না লাওরে নোংবান্না॥ চৈরাপ চোন্না তিনবদা,
থাংগরাকপগা নোংবান' মান্নদুনা বাশম 'সি
ইলাই লাইনা হৌদোকই, ইলাই লাইনা লোইথোকই।
যুবরাজ চিংখুবা নুংশিখিদ্রে খম্ববু।
নোংবান মাগী মবাদা লোইনা লৌরে অয়াম্বা।
মমজা মাগী মবাদি উৎম-বাইন খুমখরে॥
খুমন মবা অঙানব নোংজ থাগী নুমিৎকুম,
কোরৌ থক্তা লৈখরে—নোংবান নোংনা খনখরে॥
মারা মাগী মবাবু "খম্বা! কারি লৈবগে"
হাওখিদরে হংবিবা॥ ফরে লোইরে হায়নরে।
চৈরাপ লোইনা য়ানরে। থাংগ্রাকপা অঙম্বনা—
"মনাও 'বুংগো কমদোই সনা য়াথং করম্বা,
থকপিদোবা লৈরিবা?" হংই যুবরাজদা।
যুবরাজনা—"ইপু! য়ায় ফরে কৈদৌনি।

শিনিংত্রি ঐথোইদি, শিজগ্রসনু।" হায়রকই॥
খুমন লমজা মহাক্কী লৈকাই ওইবা অঙম্বা,
কেগে লৈপাক অহুদা খুমন মানা নংলকপা,
লোইনা মুন্না খংঙকপা ঙাঙৌ লাকপা কৌবনা,
খুমন মাবু মনাক্তা কৌশিল্লগা—খম্বদা
"শাজৌ নংবু ববিনো! খুম্মুদনা ইবুংঙো!
নংনা হায়রুরববা? হান্নরিবা রাফমসে?"
হায়বিরকই। লমজানা—"পম্থৌ ওইবা অঙম্বা!
ননাই লমজা পিরুদে। ননাই ঐবু হংদনা
খুম্মুরগা অমুক্তা, থৌগন-লোন্দ কায়রেদি,
হায়রক্লনি খুম্মরোই।" হায়বে লমজা খুমদরে।
মোইরাং 'ঙম্বা কনানা-"মমা মপাগী শন্নি,
ওক্কেদনা খম্বসে! মচেম হুস্ন করিনো!
মীগী বেবা ওইনরে। পিক্লিংৈদি অমনি,
মহু-নিংথৌ অসিনা পাংগন চাওব' সিদদি,
থিজিহল্লনবা য়ারেনা, করি রাখন তৌদে মা।
লৈপাক নিংথৌ য়ৌদস্থ তুমিন হেক মফারু।
কনা করি হায়রনি—পংমন্দ্রদো খম্বসে।
শন-ফাগে হায়তুনা কবি অমুক রাচংলুই!
ফয়ে ফবে ফাহল্ল লৈপাক রা নত্তে মাসি,
খুমন মাগী লন্নাইনি।" ইলাও লাওনা ঙাংঙকই॥
মীকুপ প্রজা মথৈনা রাফম শিংসি তারগা—
"কৈনো মোইবাং অসিদি মতা অমা তৌরেনা,
অঙম্বনি হায়তুনা লৈবি ময়াম অসিদি
মহোয় মকোক অসিবু—লফু মক অপুম্বা
ভিস্থোক ঙাক্তা ঙাইরবা 'হুম্বা মক্তা ফম্বরা!"
ঙাংনরকপা অহুনা কেগে চৈরাপ ঙংখরে॥

—"ফাহল্লুরো খম্ববু করি নৈশাক য়াওগনি।"
ঙম্বা শিংনা হায়রকই—"চুমই চুমই" খুম্নরি॥
থৌগন লোনবু য়েংবরা—মাগী মীচং থিবরা!
কেগে মোইরাং লমদমদা লমজা মাগী কনাবু
নৈতে খল্লুবনরা—ঙাংঙকইবা পুম্বদো
খুমথিদরে খম্বনা। মোইরাং চৈরাপ মচিদা
খুমন তুমিন কমজরিদা সমৈ লাংদা য়েংলবা
চেক্লা চানা তৌবগুম লমজা অতাক্লাহুনা॥
খুমম মাগী হায়হুনা য়েংপিনবা উদ্রবা
ঙাংঙকত্রবা অহুদা শাংনত্রেদো রাকম্বদো।
অহুক চাওবা চৈরাপু তুমিন তুমিন লৈনরে॥
ঙাঙৌরাকপা অঙম্বা হৌবদগী তারকপা
খাংবা লাকপা ঙম্মক্রে। খুমন মতৌ য়েংবদা
পায়মা-মুংদা শোকথরে। রাফম শিংহু তাবদা—
তাশোন, খংনিং-তাশিংনা থম্মোই ফাওনা থিনবগুম,
অঙম্বদো নাথরে; পুকচেম অমা ওইবগী
মীগী চিন্থি লোনাই তৌজদবা মহাক্নি।
ঙাংদে রাম্নু পংন খক ময়াম 'হুবু য়েংঙকই
মমাই লৈদা থারম্বা মাইথোং তম্না হাইগৎলে—
"অপংবগী রানিদো 'হুমকপু অমতদি
লাওজনিংই ঐহাক্না।" হায়রে ময়াম অহুদা।
ময়ামহুনা—"চুম্মিনা! অসাই মখৈ ঙাংদেনা"
হায়নরকপা য়াওরকই'। ঙাঙৌরাকপানা—"ঐদি
হায়নথিবা ময়ামদো—কয়া তানিংদদনা
ঙাংজদবমক ওইরে।"—"হিঃ করিনো অহুদি,
চাওমল্লিদা রাঙাংদো।"—"চাওদ-য়াদবনন্নি।—"
"করি হায়না চাওগনি"—"করি হায়না চাওদনি"—

"কবম চাওনি"—"চাওদনা মপা মমা লৈত্রবা
খুমন লমজা মহাকপু। পংতু তুহংলি হাযো!
পুখম পিকই হায়নরে—পি পিদেদস্তু হংফে।
ফারে লৈপাক চং'না ফানি।"—'লৈপাক করি য়াওনি।"
"লৈপাক করি যাওদনি?"—"খম্বে সেন চাকবরা?"
"নংদি নোংবামগী চাত্রা—মঙম খেরুককুম কৈনো!
মথক নথা নাইদেদা—পংডাং ডাংইমা নংদে!
মপা মমা শকচবা মোইরাং নোংযোন চাংবা-লে।
মযাম্বা শকপা মবাহ ফৈবোইজাম্বা লৈনিমা।
থোংলেন মপা মন্ত্রি নৈ; খম্ব নাদ অঙাংনি,
অমারোমদা হায়রগা খর'সিগী রাদদি
কৈদৌবগে তানিফৈ লমজা চানি হাযনা
নমজা ননথেরুবদি—হোবেন্ চাওবা লাল্লবা,
থোংলেন লাকপা ফাওবদা হোংবিগনু রাডাংতু।"
হাযমা ডাড্রৌরাবপদে। খুনন মাবু বন্বদা
খম্বী মৈশা নাংখবে তোপ্পা তাবে অঙহ্বা!!
মনিং মমাং মাইদনা চানা তাবা মযাংদো;
ডাঙৌরাবপা মহাক্লা মনিং মমাং চুমথোক্লে।
মোইরাং চাংবা লৌবরো—দোলাই পাবা থাবক্লে॥
দোলাই পাবা থুংদইদো নোংথোম্বীগা মচাগা
অনি-খুদা চাংবনা—"ঙসি ইমাক খম্ববু,
দোলাই পাবনা লৌখি হায়, কবি মরমগীনো!
পাম্বোম চোংই ঐহাকস্তু। ফবোইজাম্বা! মসেন্-দো
কবিগুম্বা অমদি তৌরম্মনি শোইদ্রবোই।"
হায়মা ডাংনরিঙৈদা, দোলাই পাবা থুংডরে।
দোলাইপাবা শিংথুনা "কেগে চৈরাপ লাংদু-দা
ইঙেঙা নোংথোন ডাহাক্তুং লেংখৎলক্লনবু,

চৈরাপ পাওদি কোক্তাথোং নমাই ঐখোই হংগৎলি।"
হায়জরুরে চাওরদা। "চংলো লাকে" তাকপিরে।
দোলাইপাবা চংখরে। চাওবা জ্ঞান্‌বু তৌহনা
য়েংখিবদা খম্বনা মীয়াম তিনবা চৈরাপ্তা
মরু লুক্লা ফম্ব-দু উরে চাওবা মমিংতা॥
চাওবা মপুক লাংঙকই। পুরেম্বা ঙাখরৈম্বা
অনি লৈত' মতমদা তৌবা খুদম অদুবু
তৌবগুম্না উখরে চাওবা মাগী মবুক্তা।
কংলা য়াইবুং য়ৈখিবা, খুমন লাইর-সংদগী
কৌখি হায়বা তাবগা চাওবা মাবু কৌরবা,
ময়াম অদু খনবদা "শোইদ্রেদনা ঙসিদি
ওইথোকতবা অমদি খুমন কাদা থোকএদো।"
লেপখ্রে চাওবা মবুক্তা। চাওবা মচা য়েংহনা—
"খুৎস্থ খুৎলাই চেকসিন্না পু—থৌরাং নিংথিনা তৌ।
লাংগোই তোংনা চেম্বংলু থিল্লে খু, ফৈরোইজাম্বা।
ঐগী দোলাই কদায়নো?" হায়রদুনা নোংথোম্বা।
দোলাই লেংজাও তোংখরে মপা মচা কারক্লে॥
ফৈরোইজাম্বা ঙাইদরে পন্থৌতুংদা থনম্মে।
লাংগোই কারন লাক্কুনা শাজে নমদা থাখরে।
মসেন-দুগী কাদুদা কৈনো হায়বা অদুগী
কেগে চৈরাপ পাংহনা লাংগোই নাকথং থিল্লক্লে॥
মোইরাং চাওবা মোংথোম্বা কোয়ৌ মাইথোং ওইহনা,
নোংমাই লোইবী থক্তগী মোইরাং চৈরাপ কারক্লে।
ফৈরোইজাম্বা সগোমদু সগোন সংদা থনম্মে।
চৈরাপ মম্বুং চংখরে।—নাকপাক লাংদা চংলবা,
অউপ লাংনা উপ্লবা চেক্লা চানা তৌবগুম

লমজা মসেন খম্বনা ফম্মিবহু উরক্লে।
মাঙাংদে কৈরোইজাম্বা লেপই মপা ঙাইরম্মি।
নোংখোম্ব-দু থুংঙরে। চাওবা চরৈ মোক্তোক-তু,
কম্ছোক্তুনা য়েপসিল্লি। চাওবা কোঙ্গোন তৌহনা,
কোমগোম ওইনা চংলকই। কাযদে ফজে নিংথিজৈ,
লৈপাক তিনবা থুরম্মি। চাওবা চংলে কমথরে॥
কৈরোইজাম্বা মবাইনা হেক থুংলবা 'হদগী,
কেগে চৈরাপ চোনবদো মোইরাং কনা অমতা
ঙাংখিত্রবনি মাহু। চাওবা চংলকপহুদা,
ঙাংঙবপদি হায়রক্নু সোব কন্না হোন্নত্রে॥
চাওবা মপা মচাদা, লমজা খম্বা মঙোন্দা
ম্নিংনা ফাওবা য়েংখিত্রে কেগে মরু লুরুরে।
চাওবনা—"কৈরোইজাম্বা! নসেন খম্বা কদাযদা,
ফম্মি" হাযনা ইঙ্গিংনা হংই—কৈরোইজাম্বনা—
তাকই মপা চাওবদা "সিদা লৈরে" ঈঙ্গিংনা॥
চাওবা মানা ফম্বদা কেগে চৈবাপ অহুবু,
খুদোন মম্বি নমথরে মালেম পৃথি লৈখাদা॥
চাওবনা য়েংঙকপদা লমজা মমিং অহুদা,
মপী তাব অহুবু উরুরেদো মকুনা॥
কৈরোইজাম্বা মবাইদো—"কৈদো তার-খংগনি"
খাংই অমুম তৌহনা। মাগী মীচং উত্রিজৈ
শাজো মাগী খম্মোইদো থৌহু মাঙম কল্লম্মি
মকু মবাই উয়গা পুন্নিং নৌবা হেনখবে॥
চাওবা নমাক য়েংহনা—"কংলা নিংথৌবা, অঙাং!
খুমন নোংয়াই শাজোতোম! পুপ্রমতোনদি তোলেন-তোম!
ইকু-লাকএ উত্রবো! নয়াম্বা-নবাই অসে,
লাকএমেসে য়েংঙবা! চংলকউনা কম্নীনো!

ইকু পানা চারক্তি, লাও! পানা চাসি লাওনা।
নুংঙাইবা নুংঙাইতবা তম্মো ইকু তানিংঙে।"
তশেং তশেং মমাঙ্কী মনিং ফাম্না কৌরকই।
খম্বা চংশিল্লক্কুনা মবাই মকু খুরম্মে॥
"খুমন ইবুংঙো তম্মু ইকু য়ায়া খোৎনাংঙে,
করি তৌবগে শাক্কো?" চাওবা হংই মমাক্তা॥
"লৈপাক্তা তম্মগা তানি ঐদি তমজনিংদরে।"
হম্না হায়রে খম্বনা। মসেন মবাই অনিদো,
য়েংকা ওইগা ফমখরে। কেগে লৈপাক অদুনা
ফেরোইজাম্বগা খম্বা ফম্মিনখিবদুদা,
চৈরাপ মনুং অদুদা—চাওবা 'তুগা য়াওশিল্লে,
মোইরাং মীচম ওইবশিং মমায় মমায় হাইগৎলে।
"অসাই ঙাংবা রাজুগা য়েংসি তাসি ঙসিদি,
য়েংউ মসেম মবাইসে অমি সিদা লেপ্লদা
নিংদে মীনা লাকচনি। সিগী থক্তা চাওব-লৈ।
মপা থোংলেন-লাই-ওইবা লৈরিদো অদু'মম্নু॥
সিদৈ-রিংঙাই শাংদানা থোংলেন, চাওবা খম্বনে
ফেরোইজাম্বা মবাইমে সিনা নাম্বা ওইরগা
য়ায়রবা লোইরেদো। শিনি-দো 'সে ময়ামসে!
থোংলেন মাগী থাংদুদা, মাতুই সোরাং ময়ামদো
চানিংগ্রেদা ফোলাদো।" হুম্না পেম্নৈ য়েংবদা।
চাওনন,—"কেগে চৈরাপ ইঙেংশিংবু! চাওরবু,
কৌবিববু ঙসি 'দা দোলাইপাবা থাদুনা,
করিগুম্বা নুমিৎতা তৌত্রিবা থবক থোকই,
দোলাইপাবনা কৌবা চৈরাপ মকা অসিদি;
চাওবা ইপা ইচাবু থিল্লে হায়না কৌবসি,
শাগী লানগী করম্বা, অয়োন অরান দণ্ডিবু

লৈয়বনো, মাহুবু কিজহুনা হংজরি।"
সুম্বা বাহু হৌরক্লে। চাওবৈ বাহু তাবদা
থাংগরাকপনা—"অদোন! শাওবস্নু চুম্মি নংনা।
বা অমা লেপ্পরম্মে।" হায়রকই। চাওবা নোংথোন—
"ইতোনবু! শাওবরোমদা পুবিগনু শাওজদে।
লেপ্পরম্বা বাকম-হু তাবা য়াবা ওইরদি
তাজনিংই ঐহাক্সু।" হায়না বাহু হংঙকই॥
থাংগরাকপনা—"বাদি তম্বাল্লু কোংয়ানববু"
তাবা য়াদবই নত্তে, তাহন্নিংহুনা মক হেক
কৌবনি,—তম্মু নোংবান! বাহু নতোন নোংথোন্দা॥
হায়রে নোংবান য়েংহুনা। নোংবান মাইথোং হায়গংলে,
তাংথক লৈতে কোংয়ানবা—"বাদি সিন্নি ইতোনবু,—
নোংবান ঐবু হান্দক্তা মাইবী চংই। মাহুদা,
লাইগী মপাও ওইবনা ঐদি থোইনা খংউদে।
লাইনা তোংবা মতমদা ঙাংথোকখিবা বা ওইরে॥
ইতাও খম্বসি লাকই ননাই ঐগিদা ঙরাং।
'ইতাও! ইকোপ-লাইপন-সোই খুমন ইপারমদগী,
মরেং পোপ্পু থাদবা শনবু থাংজিং লাই-তুনা
চাগে হায়রে হায়বসি, শনসি ফাজগে ঐনা।
মাসি থোক্লবা খুজিন তৌবিয়ু ইতাওনা, তুগী
নোম্বিমনতুগী ঐগী পুখম তরেং অসিমা
অম্রাম য়ামদা থিবিনু লৌবিয়ু। মপু চোরোন,
কেগে চৈরাপ ফাওবসি বাসি ফোংবিয়ু নংনা।'
হায়রৈ ননাই ঐঙোন্দ। বাসি ঙসি হংগংলে।
ইতাও নম্বু য়াথরে সনা মাংদা হৌজিক্তা।
সনা য়াথং 'চৈরাপ্তা থিন্দোক্লো' তাওথবিরে।
ইতাওনা শন ফারনি। হায়বা বাকম সি-ওইরে।"

তম্মে নোংবান স্থুম-দৌনা। নোংবান মৰা তাবদা
মোমোন নোকই চাওবদো। "মুংঙাই নোংবান মুংঙাইদা!
অঙোম শাগৈ লক্তুগী সম্মি মৈতান আৱাবা!
মৈন্নুংদদা লাবনি সযি মৈতান হায়রোইদা!
মপান ফাওবা লাবদি—লীম্ফোপ মৈতাম অৱাবা!
শাগৈ ঐগী থাংমৈনি নিংথিজেদো ফজেদা!
নোংবান নৰা তাবদা মুংঙাই! ইচুম চুম্বনি।
অচুম্বতবু হাযবা নংত্তবরদো নোংবান?"
হাযবে। চাওবৈ মৰাদা—নোংবান্না—"মানি! মানি!"—
"পুখম পিবা চুম্মিকো?" "চুমই চুমই ইতোনবু
সনা মাংফাওবা মানা, শনসি ফাগে য়াজপ্রে।"—
"মাদনকো নতাওদা হাযে, অঙাং অম-ফাও,
ভমিং ফাওবা য়াগনি—যাফৈ ফজে কোংয়ানবা।
নংগাও' পিবা পুখমদি সেন্সেংলা কম্বি কোন্নো?"—
"সেন্সেং হনবা ঙাক্তনি মেক্রুক ফাওবৰু কোক্তি।
মনাই ঐস্নু পুখমদি কোম্লিক ৱাংচদবগী,
থোইনা সিজিন্নভগে হাযবা আশা তৌরুদে।
ইতাও' পিরম্বদগী থনম্মি ইন্সিন্দুনা
বাংখদা ঐনা তত্নুম। চাওবগীদি পুখমদো,
ফজে ফনা, নিংথিবে মপান উচি চেনবদা
তারোইদবোই নিংজরে চাওরে উবু উদরি।"
হায়বে। নোংবান মৰাদা—চাওবনা—"মানি চুম্মি
কোন্সক চুম্নবে নোংবান।" হায়রকই, চাওবা মুংঙাই॥
চাওবৈ মৰা তাবদা মোইরাং চৈরাপ থনবদো,
বুদ্ধি মতা তাখিদ্রে। ঙাঙৌৱাকপা অঙম্বা,—
চাওবৈ ৱাফম ৱাফমদা মোমোন মোমোন নোক্লকই।
মাগা থংনবিরশিং হুদা মানা—"হাৰিমু

বাগী মথা লাকখিনি ভাইজহৈয়ু তাশিল্লু।"
হায়্, মথং অমুক তাকই। ফৈরোইজাম্বরোমদনা—
"তাওহাই 'তো ফৈরোইজাম্বা! রাশিং অসি ভাংবসে
ঐ য়াওদে হাই সেলুংবা। হৌজিকতিনে যাওরনি।"
হায়রে। ফৈরোইজাম্বনা—"ননাই ঐহাক খংজরে,
ননাই ইসেন খুমন্না লোইনা তম্মে অসাইনা।"
সুপ্না অনিসিমনা মরক তুদা তানরি॥
চাওব—"অতোন কোংয়ানবা নংগী পুখম পিবদা
কথা কনা উহৌই ?" হংবিরে। নোংবান—"ইপনবু
নমৌশিংঙ্গু উহৌই।" "মাহু য়াদে অতোপ্পা
মীবু হায়বনি মাহু—নংগী হায়বহু থোকই।"—
নোংবান ফগদমাল্লে নিংঙতুনা—"ইপনবু,
ঐগী অরাং থংবদে অহল অনি উহৌই।"
হায়জররকই চাওবদা। নোংবান মানা হায়রকপা
বারম 'মতা চিংথদে লোইনা লাইরিক ইহল্লি।
মরা' ইবা লোইবগা—'খংদে নোংবান ফম্মুরো।"
হায়বিহুনা নোংবান্দো মাগী ফম্ফমদা ফমথ্রে।
কেগে চৈরাপ ফম্বদা চাওবা মানা -"লৈপাকপু!
পুখম অসি লৌরুবা চুমগদরা? করিনা—
খম্বা হায়বা অসিদি লায়রবনি-লৈতবা,
কোকম মনা হেক্কুনা তরা চাবা মচানি।
ভসি' পুখম অসি লৈরাংবদা পিখিবা,
কাক্তা লমজেন্দা পিবা মপুই মনা চাক্কনি।
মপুই লন্দি মাংফদা অদুগুম্না মক্কনি।
কোন-শক্তদি খংবনা চুমগদরা নাসিবো।"
হায়রে, বাসি তাবদা—"চুমই চুমই।" হায়নরে।
"চৈরাপকী-মী তরাগা ঐগী মী তক্কক-তংগা

চৎলু পুখম লৌখৎলু।—"অতোন নোংবান"-—"ইতোনবু!"
—"পুখম দুবু কাংখদা লৈহৌই হায়বা নত্রা?"—
"হোয ইতোনবু লৈহৌই।"—"চৎলু চৎলু লৌরুমো।
পুখম তরেৎ অতুনা মফম কায়রমত্রবদি,
দুদা অতুন পুরকউ লৈরমদবা থোক্ল'দি,
কোয়না থিগ্নু পুরকউ ইমুংতুদা তারম্বা,
তামি অমা কাওবমু থনম্মনু সোইকদে।"
চাওবা য়াথং পিরক্লে। রাবম অসি তাবদা
নোংবান পোকপা মপাদো—"মাঙত্তে-কয়ো অসিদে,
পুখম তরেৎ ঐত্তৌন্দে তারে মরৌখিবদা।"
খল্লদুনা মচাবু অত্তোম নিংথৌ কৌসিল্লে।
...া নোংবান যেংদুনা—"পুখম তরেৎ হায়বসি
...পবা লৈতে ঐগাক্লা মাইবী ওইবৈ ভাওবনা
খংউদবৈ হাইবনি। ঐগী লৈজ' পুখমদা
...তাও' চেংবা হৈবনি, মাগী পুখম নৎলমত্রে।
হাযহৌরো নৎত্রবদি পুখম লৌখিবা তারে।"
ইন্সিল্লে অত্তোম নিংথৌ। নোংবান চোংথোরক্লুনা—
"...েগে চৈরাপ তিনববু! তাবিসিদো—ননাইনা,
...ওনা ফৈনা লৈরিঙৈ মাইবা ওইবৈ হৌনবা।
ঐগী পুখম রাইদুনা ইতাও চেংবা হৈববু,
ইতাওগীনি খল্লুরে। ঐগী পুখম রাইবনি,
ইতাও পুবকপা মতে।" হাযনা অমুক লাওরকই।
ল'ই তোংত্তেও হাযবা শাবে—নোংবান-দো তুক শিকশিন্নৈ।
চ'ংবেনা—"করি নোংবান! ফাগিরা'সে চৈরাপ-সে!
...তো নিনিং তৌদুনা পংচাং ভাংবা য়াবরা!
...েগে চৈরাপ ফাম্বিবা অভম' পুন্না অসিবু
বদি ওইনা খমবগে তাগ্রবদি রানিদো

মাহু ককা য়াবরোই চৎলো লৌরু হৌজিকমক
হায়রদুনা চৎখরে। নৈরমদরে পুখমছু॥
চাওবৈ মনাইশিংদুনা য়াদদুনা পূখম 'ছু
কাপ তরেৎনা কোয়রবা তরা মরি পুরকই।
থারে চৈরাপ মমাংদা। চাওবনা—"ইঙেঙাশিংবু!
কুম চুপ্পা লাই তোংবদি হৌনদেদো মাইবীনা!
খম্বা পুখম পিদ্রেদো।"—ময়াম্না "পিদ্রে পিদ্রে।"—
"মাইবী লাইনৌ তাবসি ঐস্নু ফনা থেংনরে।
য়েশিনবা ফাওবা ঙমজে। নোংবান মাগী মরাদি
লৌবিরম্মি লৈপারা, ননাই খম্বে মরাদি
লৌবিবমদে কৈননো? মাগী মরা হংলগা
চেংবা হৈবনি নত্তে খংগমি হংফৈদনা?"
হায়রে, চাওবই বাদগী—"খুমন অঙাং কমদোই?"
হংবিরক্লে চৈবাপ্পা। খুমন মানা—"ইঙেঙাশিং!
ঐদি চেংবা হৈরুদে—খুবাক ময়ি য়েংবনি।
মখোং মরি পানবদা শিবা তাবে হায়বিরে।
চুম্না মরুপ নাবগি হংজকবা অদুবু,
মপু সনা চোরোন্দা নৎতবসি হায়রম্মে।
ঐনা হায়দে হায়বদা মনাই নোংবান ইতাওনা
চৈরে পিবম পাবম্ন। ইপা ইপু পনবগী
লমন শিংবা ঙমদরে—সনা মাংদা ওইবগী।
হুগী মুংঙাইতবনা কাওগী খুৎতা শিরগে,
মুপা থৌদাং থাংনবা হিংনিংদরে হায়দুনা
শন-সি ফাগে হায়বনি। পুখমসু পিজরুদে,
শন ফাগেসু হায়রুদে।" হায়না লাওরে চৈরাপ্পা॥
খম্বই মরা তাবনে, নোংবান মাগী মতৌনে
লৈপাক পুম্ব খংখবে—"খম্বা পুখম পিরুদে।"

হায়না উবে ময়ামদো। ময়াম অহু ইকাইরে।
চাওবা মানা—"মোইরাংদি মীচং কনবা লম-ওইবে
পি হায়মা খ্বাই লৈপাক্লা লোৌবিবম্মে। হৌজিক্তি,
পিদে হাযবে কমদোই?" হাযবদা কনা খুমদ্রে॥
চাঙৌবাকপা অঙম্বা মমায লোংনা হায়গৎলি—
"খুম্বিসিনা লৈপাকপু!" হাযবম্মগা অমুক্কা,—
"যুম্ফম ফাওবা লৌহনগে।" হাযনা অমুক তাবকই।
খুমদে কনা অমতা চাওবা মানা চৈরাপকী
ময়াংমক্তা লেপ্তুনা, ইচুম চুম্না থেক্লকপা—
চৈবাপ অতুক চাওবদো চেক মোক লাওনখিদরে॥
"মীনম্বগী নোংবান নং, পুখম তবা মরি-'সি
বাকোংবা তাবে হৌজিক খুমন নত্তাও খম্বদা।
নোজখবো শাজৌবা! নচিন নৌপুৱা অনি
তরেং তরেং যেম্নজৌ। থাংজিনবিযু খম্বদা।"
নোইবাং চাওবা নোংথোন্না যাথং তৌবে,—চৈবাপকী
দোলাই পাবা অহুম্না—পুখম অহু থাংজিল্লে॥
খম্বা তৌগৎলক্লুনা পুখম তবা মবিহু,
থাংগৎখবে পাইখৎলি। চাওবা—"কৈনো শাজৌ?"
লান্দবা মোংযাই লমজা—"ইমান 'বুংঙো ইতাওদা।"—
"করিগীনো লৌরোনে"—"লৌজনিংদে ননাই ঐ;
পিচারনা তাবগী লোফম থোকপা ওইববস্তু।
ইতাও মাগী মবম্নি কৎথোকচগে ইতাওদা।"
খুনন পুখম ময়ামদো পিথোকউবে নোংবান্দা।"
নোংবান মানা খল্লোই—"সিননি লাইববিবা,
খম্বা হাযবা অপংবা—লৌরবনি পুখমসি।
হল্লিবা কয়া লায়না।" লমজা মতৌ উবদা
থাগৎনবি লৈপাকতি চৈরাপ ফম্বা ময়ামদো॥

ৱাসি লোইবে হায়বদো উবে চাওবা মবুক্তা,
ইকোপ লাইপন সোইদগী কাওরেন মগুণ থংবনে,
মাগী ফান-পুন্ন-যাই থম্‌ফম্‌ থংবা চাওবনি।
চাওবা ৱাফম অমদা ফৈনা চৈরাপ কোৎলকই।
"থাংজিং মাগীদমক্তা শন্‌ অসি ফাগদবা,
উসিন্‌ ৱাসিন্‌ তৌগদ'?" হংঙে চাওবা নোংথোন্না।
থাংগরাকপনা—"যাদে, অঙাং! উশিন্‌ লাক্লিন্দি?"
"করিননো ইতোনবু?"-"লাইনা চাগে হায়বনা।"
"কনা ফানি অত্নুদে?"—"খম্ব' ফানি।"—"করিগী?"
মমা মপা' লোইরম্বা খম্বা মাগী শন্নিনা।
মাগী মশনবু মানা ফাকদনা ঐগীবা?"
থাংগ্রাকপৈ বা তাবদা—"থর পায়গে ঙসিদি"
স্নুম্না থল্লে চাওবদো—"শল অসিদি ইতোনবু
মরম্নাইদা তারেদো?—"তারেদনা নোংথোন্না।
লৈপাক করি হায়রবগে?" হংথরকই থাংগ্রাকপা।
লৈপাক মীরাম—"অঙম্বা তারে তারে।" হায়রকই
"য়াম্ন চুম্মে মাহুনা"—স্নুম্না খুন্মি চাওবদো,
"চাওবৈ পুক্নিং তমথিবা—ঙাইখো মহাক শাওখিনু।"—
চাওবা মাগী মবুক্তু, খাম্মি স্নুম্না মতোমদা।
চাওবৈ মবুক্কী বুদ্ধি মযাম অদু থংনবে।
থরম্বা হায—"ফাহল্লোই"—থরনা হায—"ফাসন্নু",
থর'মনা "চুম্মিনে—ফাহল্লোইস্নু ঙমগনি
ফাহনগেস্নু ঙমগনি। অরেম্বদা ফাবদি
কৈদৌননি ৱানবা-লেপ্পা ফংগনি—শনফামন!"—
"চুম্মি চুম্মি চুম্নরে" স্নুম্না ৱাহু লেপ্পবে।
থংনবত্নু লোইরগা—মোইরাং চিংথু তেইহ্নবা
যুবরাজদা য়েংই—"মনাও'বুংঙোবু 'মুক্তা!"—

"ইপু! তাসি হায়বিসি"—"ননাই খম্বা হায়বসি,
চোয়োন পানা পাম্বোম্নি! শিবা নাবা থোক্লগা
পানা মযেং তাবা-তায, সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু।
ননাই ইপুদা থোকপা হংগৎচরুবতনি।"—
"য়াম্না চুম্মি ইপুবু—সুম্নদি চুম্নমকপু
লৈবাক্কী হায়বা থোকই ফাবমতুম চুম্নগদ্রা;
সুম্না খল্লিনে ইপু!" হায়দোরকই যুব্রাজ॥
চাওবনা—"যুব্রাজবু চুম্মি শনগীসি লোইরে।
মতুংগীবা অমত্তং ইপু খংজনিংইনে।—
নোংবান হাযবা অসিমা লাইতোংলবনি হায়না,
ডাংঙক-ডাংঙকপমথৈ পংলৌ মরৌবগদ্রা?"
"করিগীসু পংলৌদি লৌগনি লৈরিদনা,
লৌবা যাদে যাই হাযবা খন্নবগা লাক্নি।"—
"করি খন্নগদগে। খন্নফম থোক্তে,
নোংবান লাইতোংলবদা শোইবা যাদে তৌবা তায়"
হাযবে। চাওবৈ চিল্হকতা—থাংগরাকপা মতোম—
"হোয ইচাবু তৌবতায়—লাইনা ফাওরক্লবদি।"
হাযবে-চাওবা-মতুদা—"তুদি ইতোন—নোংমৈসি?
ইকোপ শনচারে ওক্লে, তাইবং কুমশিং য়াম্নবা,
অহন চাগে হাযব'দি কেগে চৈবাপ সিদদি
অহন ওইবা ইতোন্নি। তাইরেন লাইজ খিন্নশেং,
তাংদন মতোন ফবদা ইতোন-ফম্বিবা তারে।
ইতোম সবেন চনবা তায়। কৎপা তাইদো থাংজিংদা!"
চাওবৈ রাদু তাবদা থাংগ্রাকপা স্বাই-হেক লাওই।
"মতা চাদে নোংথোম্বা" শাওরে থাংগরাকপদো।
হৌবদগী লোইবফাও রাফম খুদিং অসিদা,
চাওব-মামা লাকচবা—চিংখুবহু শাওরকই—

"ইপু! নংনা করিগী অচু অদা যেৎপবু,
নংগীদি ননিংলদ্রা? কৎলগা কৎকনিদবা!
করি পংভাং ভাংবগে?" হায়দোাক্লে চিংখুবা।
চাওবনা—"যুবরাজ! করি লৈবগে হাযবা,
খল্লকমতুক থোকপগী ভাংবনিনা ইপুস্ত।
কেগে চৈরাপ তিনবদা নং মা হাববা রাহৈসি;
ভমজ-ভমথক নাইদেদা হাযখিগনি হাযবিনু॥"
"নংবুদি-মং হায়দ'দি" খুম্মি যুবরাজনা।
শাওহল্লগে লালহল্লগে খনপ্রে চাওবা মবুক্তা—
"হুদি থাংজিং লাইসিনা—অহন ওইবস্থ চাবে;
সনা-ঈ ভতেকপা চাগে হাযবা থোক্লবদি,
মনাও 'বুংভোস্থ লিংজেন ফকে শনগনি।
নয়াম্বুং 'বুংভো চহি যাম্মে লাইনা চানিংদে,
হায়রবদি ভতেকপা সনা ঈদি হাযবদা
নজা ইবেম্মা থোক্লদো—কৎসি হাযবা য়াগত্রা?"
নিঙভাইদনা চাওবনা চিংখুবদা হংলক্লে।
চিংখুবনা "দৎ-করি"! - "দৎ-হাগবদি করিনো!
চাওবা ঐমী মমাক-কা, খম্বা মাগী থোক্লগা
তৌদফদে হাযবগা; করিগী দৎ হাযবগে?
চাওবা ঐ লাই ফুথগে নহোযনদি ভম্মগা,
ভম্মোই ঐদি কবিদা।" চাওবা থিনা খুম্মকই॥
থাকমসিগী চানবা ভাভৌরাকপা অঙম্বা—
"ফাহন্সি খম্বগীদি—বিচারদবু হায়বনি
হন্দক হায়নবিবসি মীনা ভমদবা থোকই।
করি লৈবগে হাম্বা খনবিযু হায়জবনি।"
পাংজরকই অম্বম্বা। যুবরাজনা "করিনো!
নচিন নয়া শাংগম্বু অরেম্বদা চোপকনি।"

চৈবে ঙাংঙৌরাকপবু। চাওবা মানা—"ইবুংঙো!
কেগে চৈরাপ কাবদি উখোং ওইগে কাদেদো।
ঙাংকম থোক্লা ঙাংবনি ঙাংউ ঙাঙৌরাকপা য়াই।
ঙাংদনকো কবিনো!" থিনা খুম্মে চাওবনা।
যুবরাজ লোইখরে—"কদি চাওবা নংগুম্বা
কৈ-লোই-নহাক্লা ঐগী চিন্তক মক্তদা! খংব্রা!
মোইরাং লৈপাক অসিদা ঐ কনানো! নিংব্রা।"
থিনা হায়বে চাওবনবু। কেগে চাওবা নোংথোম্বা—
"মনাও'বুংঙো মোইরাংগী দোলাই তোংবা তোংদবা
মনা খংবা ফংদবা—যদ্যপি চাত্রেৎ হুমফু,
অমখোইবা মাংনদা নুংদ শেংবা হৈত্রিবা
অপাংশিংদা হায়বগুম হায়বসিদি ইবুংঙো!
নৈস্থু মাংদে ঐগীদি, নৈনি লেইহনি হায়বসি
খংইবগী খুদিংবা! মনাও'বুংঙো গুণ মাংই।
সম-রুপা নমথাংস্থু—চিখোং লাহেল্লোকাস্থু,
পুম্নমক থেংনা ঙাং শা! ফম ইকাইফম থোকই
নয়াম অত্থু খল্লদ। নবাম্খুং ফাওবনিনা,
নতেমাশিং পুম্নমক যুবরাজ তালোইস্থু
কেগে মোইবা ফম্নাহবা প্রজা ফাওবা খংদরা?
কৈমচাদি চাওবনা নফী থোনবা নংভরা?
বরম সেংলি মহুদে নাহ্ খন্না ঙাংউশা!!"
অখাক পাযবা লৈতনা হাযবে যুবরাজবু॥
অনি থেংনবকপনা কেগে চৈরাপ নিকথরে।
মোইবাং চাওবা নোংথোম্বা মৈ-মৈ মুংবু ওইবক্রে।
চিংখু নহা তেল-হৈবা মৈ-মৈ যোংপু ওইখরে।
মোইরাং চৈরাপ ফাম্বা অতে ময়াম অত্থুদি,
আন' মৈস্থুং ওইবক্রে। লেচম-হচম শকখরে।

"চাওবা মাগী মায়কৈদা থোংলেন লৈরি লাকখিনি।
খুমন হাকন-নবদা কেগে তুম্বা তারেদো।
থাংনা বিচার তৌবনি লান্দা থোবা থোংলেম্না।
মাংবা ভারে করয়ো।" ঙাংনরক্লে মরামদো।
কেগে উনবী কজককহৌ, নিংদোল-লোইনা চোংনরে।
কেগে চৈরাপ অচৌবা মৈথু রা রা কারক্লে।
"চাওবা করি ওইহুনা—চিংথু-করি খংহুনা"
অনি ঙাংনরকপহু সায়বু মৈতান পক্লে
পম্বেংনরে হায়বসি য়োরে সনা নাকোংদা,
মোইরাং নিংথৌ মপুগী। সনা পুক্লিং ওলাংই।
"নংনা করি থোন্দুনা?"—"যুবরাজ থোন্দনা।
অঙাংদিনা খংঙরোই হংগৎলুনা খংবিদি
নরাম্বুংগী চরন্দা—চাওবা ইরৌশিংননি
মোইরাং মকী শেংপদি।" হায়খ্রে চাওবা নোংথোম্বা।
যুবরাজ শাওবনা লিংজেল্লগা খাবগা
চিংথুবনা চাওববু মখুৎ পায়ন-চিংউদে
হায়বমখৈদা মঙাইরে যুবরাজ হৌগৎলে।
মপু মোইরাং নিংথৌদা য়োনরনি হায়রক্লে।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা কৈবু হেন্না থৌরকই—
"করে লেংউ" হায়হুনা অনি অদু চংখরে।
মোইরাং নিংথৌ মপুদি সনা সংগাই মাংগোন্দা
মালং ইচিক থেমহুনা অরা মুংশি য়ান্নবা
লৈরি বাখন তৌহুনা। উরে অনি অদুনা
চংলকপহু মিৎচিন্দা। বাসি য়োনরম্বনি,
উরে হান্না মপুনা। "কনা হান্না কৌগনি"
সিন্নু বাখন তৌরকই। "লৈপাক বাদা চাওবনা
কাইরম্মোই গুলি বাসি। মীচা পোক্তি চাওবনি

ম্যাবু হায় কৌসিন্না, অমত্তদি কৌররোই”
খল্লদুনা মপুদো শাওবা শানা লৈখরে ॥
অনি চংসিল্লক্কুনা খুরম্মকই মপুদা—
মপু সনা য়াথংনা—“অনিমক্না লাকপবু
করিগীনো ?” হায়রক্লে ; “কৈনো মীকৌ অসিদে”
হায়না চাওখ্না নুংশা থি। খুম্ব ওমদে চাওখদো।
মীওইবগী হৌনবা হৈগুম লৈগুম মচা নাই।
পোকমিল্লবা ওইবনা চিংখুবনা নিংথৌধু
হেংখ্রে হংগোইদবদা। “অজ্ঞা” হায়না খুমখরে
চিংখুবনা নিংথৌদা। চিংখুবদা চাওবনা,
সনা নাকোং তানবা ইফোং ফোংনা—“মশাই 'দি;
'ক লোইদগী হৌববা খুমিং খুদাং মচানি,
খুরক স্না লকা তাংবুম-ঈ, ইবুংঙোনা হংগৎলো।”
হায়বকই সনা মাংদা। চিংখুবনা “নংনা মুক,
তাকপিদবস্তু ঐনা হংগৎকে লাকএদনা”
হায়না চিংখুবনা খুম্মকই কৈস্তু হন্দে।
মনাও' রাজু তাবদা—“পংহায় হায়রেনা সিদে,”
নিংথৌ হায়বা ঐগীদি ইনাইদনা মক্লৈ।
ইচা ইনাও হায়বসি ঐগী ইফম সিন্দোবা;
ইরান্নিদো মখোয়দি। ঐগী লোইনক্তদোবা
ইরন-হায়বু ইশাইনি।” পায়ম-ফবা ফিংখিবা
উংগোই পুক্লিং ইংবদি মোইরাং নিংথৌ মপুনা
রাখন মুন্না তৌরকই চাওবা মনাইগীদমক ॥
যুবরাজনা নিংথৌদা—“ওসি কোয়ৌ অসিদা
রাকম অসি মপুনা ফিগৈ শেংনা তাকপিয়ু।
নংত্রবদি ননাই ঐ মোইরাং লৈপাক অসিদা,
লৈজররোই কন্দক্তি।” হংগৎলক্লে যুবরাজ।

ময়াম্বুংনা—"অতোনবু—ঙ্কিংমল্লীদা করিনো!"
হায়রে। যুব্রাজনা—"মনাই' শাওনিংউবদি
নিংথৌ পন্না ঙাংবনি"—"করি হায়না পল্লিবা?"
"সনা নমথাং থোল্লিবা—খা'চেৎনচিংবা পুম্বা;
ননাই ইপুনা লোইনা থোনবা ঙাক্তনি হায়রি।
সুম্বা লমচৎ নাইদবা মাসি ঐদি তানিংদে।
মাসি তাকপিদ্রবদি ননাই ঐদি লৈরবোই।"
হায়রে। যুব্রাজই ৱাসি তারুবদা নিংথৌনা
নোকফেৎ তৌই, ৱা'ঙাংদ্রি—মিকুপমুক্তং পল্লগা,
"অহুরনে শানৌতোন! লমচৎ নাইদে হায়বদে?"
যুবরাজনা "মানি।" নিংথৌনা "কেদগীনো
মাহুদি ফজরবা ৱানিনা যুবরাজ!
থোল্লি থোন্দে খল্লুমু'হু নং কবি শাওকম-লৈ?"
হায়রে মাহু তাবদা মযা কুম্মে চিংখুবা।
মোইরাং নিংথৌ অমুক্তা "নপু নোংথোন অসিনা;
মাহুমক হেক মহাযবে? নংনা কেম্ব হায়রুদে?"
চাওবা মরক অহুদা—"কৈখা লোইখা মচানি
ননাই ঐদি অপংবা। ননাও 'বুংঙো অশিংবা
মপু ওইবা বুদ্ধিনি লৈরিবনি ৱা অতৈ।
ননাই কোন্না—" হায়বকই। ৱাফমহুদা উখরে।
মোইরাং নিংথৌ মপুনা যুবরাজ ম্নেংহুনা—
"অতোন যুব্রাজ হন্না যেংনদি ৱা চাংউশা!
ঐনা পুন্সি শাংবসে ঙাইবা ৱারম্নরিনি!
করি ৱাঙাং শাঙাংনো!" চিংগুম লুম্না হায়রক্লে।
যুবরাজনা—"ননাই ঐবু—ফীগী মরোন-সি
খংজনিংই।" হায়রকই। ময়াংম্বুনা—"লিগে তাও!
নংদি য়াম্না পিকইদো, শঞ্জেন শঙাক ঙমদরি।

হৈরু কাংজে পায়বমক ঙম্মা মতম থোক্করি।
ইমায় অমুত থকই। ইপা পাথাং-মৈ 'হুবু
ইপু পুথাংমৈ-গীবু কাইহন্সিগে কবম্মা!
খমবিহুনা মোইরাংনা—নিংথৌ যুব্রাজ হাযনা,
হাপ্লিবনি নং-ঐবু। করি গুন লৈব নত্তে
নংগী ঐগী মতম দো!" হাযরে চাওবই খনবদা
শাওরপ শাওরপ নিংথৌনা যেংলহনা মনাওবু,
বারক্লকই চৈরকই পেনখরেদা চাওববু,
অমুক হন্না মনাওদা "চাওবা হায়বা নপুসে
মরৌশিংনা লৈপাকপু লৌরকইবা নিপানি!
কুরাক অমা ফাক্লবরা নং ঐনা মাসিদা।
ক'রনো যুববাজ রাখল তৌবা যাবনি।"
হাযনা মোইরাং নিংথৌনা মৈ-হোমখৈ শাওহনা,
·বাজদা ঙারে। নিংথৌ শাওবা উবদা
নপু সনা চোবোন্দা নক্লিনখরে চাওবদো।—
"সনা বুদ্ধি ঙাহাক্তা"—হন্না খামথ খামথনা
ং'গী মরক মরক্তা হংগৎহুনা ফাখজে,
সনা পুরিং মপুগী। জীব 'মগী অরাবা
ইকাইখিবা উবদা যেংলেদবা মপুনি।
ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনা নৎতবা ঙাংবা মনাও
চিংখু নহা অহুবু,—মবুক তপ্ত-সমুদ্র,
লাইজ ইথক হৌবগুম শাওরহুন ঙংলকই।
মারু-থিম-হায়রকই। খর হায়র তোক্লবে—
"ঐনা হয়েং লৈত্রগা কেগে লৈপাক অসিদা
উদে অতোন নহাক্লা পাল্লগনি হায়বসি॥
তাও, নং! ইয়াম্বা লীগে:—থাংজিং মাগী কুমজনবা,
চরী চনৌ কৎপগী মতম অহু ওইরক্লে।

হয়েং হংচিৎ অদুবু শাশিং ঙাশিং কৎখরে।
লান-শিংমখৈ শানা-শিন শাশিং মখৈ ঙানা শিন,
কৎপোইরেদো অম্মুম্না। তো´বুংদা শা তানবসি,
অথৌ লোইজা হেকপশিং পুম্বা লোইনা চৎলিদো।
মুমিং অদো শাদানবা—শা অমত্তা ফংদরে।
য়ুমগী শানা কংলসি মুম্না হুন্নরক্লেদো।
শাদানবগী মৈ থাবা তো´বুং মৈফম অদুবু,
শা ফংদবা অদুনা মুংঙাইনদ্রে ময়ামদো;
মুৎলমদরে মৈ অদো। কুম্বী থবোং খোংদুবু
লাম্না পাইখ্রে মৈ অদো। কৈবুল লমজাও পায়খরে॥
মংগে শৈচিন থাংবিদা লাম্থোকখরে মৈরিশা।
পুম্লেন চাকখ্রে; খরং-পাৎ চাকখি, নোংয়াই লায়পন্স,
লানখিদুনা মাস্তকচিং চাক্তু্না চৎখিবনা,
সনা লঙ্গৈ চাকউরে সেম্বী ওকতোং নিংথৌগী॥
অহিংদুদা চাকখিবা তুমখ্রে লোইখ্রে কবোদো।
তুগী ইমুং ঙানবদা মৈগী মৈখোং লীরক্লে।
কবো লৈপাক হৌবনি, থাং-তা পায়দুনা লাকপা,
ঐখোইদি খংউদরে—ফংলে মৈখোঙ তো´বুংদা।
'দুদা লাকপা কবোগী তেংগোনদুনা য়াম্বনা
ককচেংবুদি হেনখরে। য়েংবদা অকিবনি।
লাম্থেংনবদি থমখো। তেংগোন মখৈ খুন্দোন্দ;
কবো 'ঙম্বা চংলকই—"মৈ থারগা হৌনব্রা?
করি মুৎলমদবগে?" হায়ররেদো 'য়াম্বদা।—
'শিংগে হায়রগা শিংউ, লোই হাগে হায়র হারো।'
লুপা মশীং অদুমক—লাকপা ঙমদ্রে য়ামখরে।
'লুপা শিংবা ঙমদ্রিমখৈ মহারাণী, নিংথৌম্বু,
পুরগদি ফাগনি"—মুম্না কয়া নৈনরে।

'মহোয়' সনা শিংলনি তংখাই অমা ওসিসি।
মোইরাং ঐখোই লৈপাক্কি মুংদাং মুক্তা তিন্নগে,
হায়নবদা য়ানবে, হন্দোকতুনা লৈখরে॥
মুমদাং অত্থু তিন্নবে। পুবেম্বদি নপুনে
থেংলেন লাল্লোই তাম্বনে, অনিসিদি য়াদরে,
লান তৌগনি হায়বকই। মোইরাং অতৈ মথেনা
শিংসি হায়না য়ানরে। সনা লুপা অরৈবা
ঐগী পুক্কৈসিদগী থিকুবদা কোন্নবা!
মনম-মকপু নমদরে! নতৈমগী ওকতগী
সনা ফাওবা লোৌথোক্লে। মোইরাং প্রজাশিংদগী
সনা লুপা খোমগৎলি-কোন্নবদি থমথরো
তংখাইমকপু য়োদরে। হযেং ইমুং ওানবদা
লুপা সনা থীগনি কন্নো হায়না য়ানরে।
লানতৌসিন্থ কদায়নো! কবো মাম্মা পাবদা,
খুবাক ময়াই অমগুম থোকই কেগে লমদমদি।
কবো উপসিল্লকপনা পুংমুকপু ফায়োইদবা।
সিগী খম্নরকপদা মোইরাং মাংবা তারেদো॥
পুরেম্বা থোংলেন অমি য়াওদে মুমদাং অত্থুদা—
'অস্থক য়াম্বা লুপাবু শিংউবদি হৌনদে
লাম তৌসিদা হায়তুনা লৈগ্রে শাওগ্রে ময়মদা'॥
নপুদি কৈ পাম্নরি—। মুমদাং অত্থু নপুনা
চেং পিরবা মত্তমদা হায়রুরে নতৈমনা,—
'ইপু নংগী চেং অসে ওসি মঙাইবেদকো
হযেং মথৈ ঐরুম্নে চাবা ফংলয়োইদবোই।'
মাত্থু তাবদা নপু নোংথোক্লনা—'ইবেম্মা!
কবি তৌরবগেনে!' হুই হায়দো শান্নোক্তোন।
নতৈমনা নপুদা অম্মে লোইনা, বাফমম্থু।

হাকম অদু তাবগা—'চুপী ওইরে ইবেম্মা!
চন্দক হাকম অসিদা সেম্বী লৈপাক মখোইমুম
মোইরাং হায়বা ঐখোইমা চম্ননহনি লোইহুম।
য়াম্নহুনা ঐখোয়না ঙাংনজৌদি হায়হুনা
ঙাংনবশিং খোক্লদি খুংঙাইদনি অদুবু
য়াম্নরোইদো ইবেম্মা!' হায়বি হায়দো নপুনা
নপুই মরা ফাবদা পেনগ্রহুনা—'শোইরোইদ্রা;
নংবুনে?' হংই হায়দো 'শোইরোই কবি লৈবগে,
ঙাংনজগে।' হায়রবদা। হরাওরে হায় মতৈমা,
জগোই শাই কপ্পুনা চেন্সিল্লক্লে ঐঙোম্মা।
অসে হাসি তারে ঐ। নপুসিবু কৌহুনা
চুম্বরনে হায়হুনা হংই ঐনা হাকমসে।
"ঙাংনজগে ঙমগনি সনা চয়নগী কুপা
লৈরবদি ননাই ঐ। ঐনা সুম্না থোকতুনা
কবো মাগা খেংনবা, সুম্না ভৌনি হায়বসি,
মোইরাং থোংলেন অথৌবা মাবু তাহনবিগনু।
কেগে লৈপাক অসিগী কল্লাইব'মা ওইহুনা
ঙাংবনিংই' হায়রকই। কবি কম্লো হংবদা—
'নোংখোনকম পামই' হায়রে। মতম অদু হাংবসু
হাংই নোংখোন কম অসি। হাপই কমসি নপুবু।
অহিং অদু নপুনা—'সনা লুপা সুরনি,
হয়েং ইচুং ঙানবদা উম্নসি হাবহু।'
হায়হল্লুরে পাও অদু কবো ময়াম অহুদা।
মুংশল্লীগী লৈঙোইহু খাও-খাও হাল্লে অহিংদা।
হয়েং কবো ময়ামগী ঙানেগদবহুদা,
পৈরে খাউ-ময়াম অদু; কিনা লোইমা কুপশিন্নি।
মোইরাং ঐগী লাগ্নীদু পৈরে মকম অয়ুদা।

ধোরাং পুম্বা লোইরক্লে। ইন্নুংঙাক্লে উমরে।
মোইরাং খুন্দোন লমদমদা ঙাংশরক্লে থাকমসি।
'কবো নংগী কয়াবক চাকথবগে মৈহুনা ?'
হংঙবদা নপুনা—'অহম্নক সুনা চাক্লে।
অনিথক্তি সুংথিম্নি হন্দকী'দি অহিংনি,
হুনা কনবা নংদরে'—হায়রে কবো মথৈনা।
"ফরে অত্তুকী ফাওবা কবো নংগী শিংলনি।"
হায়রে নপু অসিনা—হন্নাওরে কবো মথৈ।
"ঙম্বা নংবু কনানো নহাম মথৈ উদেদা।"
হংলে কবো মথৈনা। 'নতিক নঙান চাঙনা উই,'
থাগৎনরে নপুবু। 'ঐদি পুকৈ পাম্নরি ;
সনা লুপা অপুম্বা চৎকদনি ইথুংতৈ।
সনা পুম্বা সুমনি থাংলবম্ম লৌকনি,
থাকরম্নু। আদৈসে সনা লুপা ঙাক্তনি।'
হায়রে উৎলে নপুনা—লৈঙোই থাড্রজাও ময়ামদো
খুদোম্বীনা থিন্দুনা। থাজথরে কবোশিং—
মতৌ অহু উবদা চাত্তবা নোংথোন নপুগী।
মমৈহুদা নপুনা কবোশিংব য়েংহনা—
'নখোয়গীমু শিংঙনি—ঐখোইগীম্ন শিংবা তায়।'
হায়রে কবো শিংহুদা। কবোশিংনা 'করম্না ?'
হংঙে নপু চাঙবদা। কেগে লোক্তাক মাইক্লেদা
'ঙম্বা খুৎনা থিন্দুনা—'য়েংউ সেম্বী লৈপাক-শা !
কবো নংগী চকপীনা কৈন্না সুগৎলক্ত্নুনা।
লাইজ মৌথৎলকপনা মোইরাং ঐগী কৌ মথৈ,
চমোংদদা লাক্তুনা মাংবা কুমজা য়াম্নক্লে।
কুমসি কুমজা থাদনা ম্নরে শোক্লি কবাব্নু,
শিবু মোইরাং ঐখোইনা শিংক্তি হায়বদে মখোইদা।

মৈহৌ লাংপোক কৌনরি, ঈশিং-মুংশিং, মৈবুঙ্গ
মীনা খাম্বা ঙম্বরা ! কম্বি য়েক্লরক্লুনা,
সেন্দ্রী নংগী পুক্কেবু মোইরাং ঐনা মৈ থানি !
সিবু শিংউ হায়য়েদো শিংলগনি হৌজিকমক।'
মোইরাং ঐগী মাংইবা শোকতরাগী ফৌ অসে,
শিংন' য়াদে শিংঙম্মু। য়াত্রবদি ঙসিদি
কেগে ঐগা সেন্দ্রীগা হুয়েল লান্থেংনরনি।
নৈপাক চঙেঙাই মোইরাংদি অনিদগা তৌননি।
কেগে থোংলেন অথোবা পুরেম্বদি অনিনা
থেংনগনি লাল অসি, অনি মিংসি তাদরা ?'
কবো মখৈ মমখবে—চুমই তাইদো অনিদো।'
মহোয় মসেন চিক্লিন্নৈ। কবো মহু চমখরে।
মমৈছুদা 'অঙম্বা ! নংনা ইপা ইমানি !'
হায়রক্লুনা কবোনা চংজরক্লে নপুদা।
'থোংলেন পুরেম্বা অনি—সেন্ শিংনবনা ফনি,
হুম্না ঐনা খামক্লুনা থম্মিবনি।' হায়জিল্লে।
'মাংই হায়বা লৌফমহু কবো ঐখোই য়েংজগে।'
হায়রে কবোশিংক্লুনা। নোংথোম্বনা ববোবু
পুথরক্লে লোক্তাক্তা। 'ফৌ অপুম্বা মাংখরে,
কুমদা পকপা খরদং লৌসি লৈরিবসি।
অমুক য়াম্বা মাংখরে।' হায়রক্লুনা নপুন্না
লোক্তাক রাইমু চরাবু মোইরাং ঐগী ইফৌনি,
উংলে কবো মথৈদা। খোরদাক লোমদা পুক্রে,
ইরন-পুম্বা উহল্লে। কবো থবাক য়ৈথরে।
কবোগীনা শোক অহুম মোইরাংগীদা শোক তরা
চহি অসি পীনরে মোইরাংগীদা হেনখরে।'
শিংবা ভম্বা থোক্তরে। 'থুনা হায়রো লংত্র'দি

থোংলেন পুরেম্বা অনি থাজিল্লনি।' হায়রুম্মে।
'ঐখোইগীস্থ শিংঙস্থ মহোয়গীম্থ শিংঙরোই।'
হায়রে কবো মখেমা। নপু চাওবা মোংখোম্বা
কবো মম্বা লৌরুদে—'লোই হারো মোইরাং.'খোইদা।
থিল্লে নবা অবেপ্না পিরো হু নত্রবদি
পুরেম্বগা লোইননা মোইরাং থোংলেন লাক-অনি,
ঐনা হন্দক লাকপদি, নিংথৌ যাথং য়াওবনি।
লোইপোংতি কাব্রং ওইমা—লংগি চাত্রেং হুম্ফুগা
অমা থোইবা লৌগনি থিল্লে থিল্লে' হায়হুনা
তক্লিল্লুরে কবোদো। কবোশিংদো য়াথরে।
লোইপোং হাবা তাথরে। সেম্বী মরৈপাক-ভুদা
চিঠি তম্না ইখরে। কবো ময়াম লোইনমা
চংখ্রে নপু অহুম্মা। কবো কাংমাং অহুদা
নপুই হিন্থু থাংউবে। কবো নিংথৌ উমরে।
কোবি কোম্পাক থকতুদা লোইগী বাশক ইনখ্ৰই।
লংগি চাত্রেং হুম্ফুগা অম্যা থোইবা অহুবু,
কোবৌ অহুমক্তদা পুরকইদো ইবুংঙো।
ঙসি ফাওবা অসিদা কাব্রং লোইসি কাইদবি॥
মোইরাং ঐগী অসিদা লংঙ্গা অমা থোক্তবা,
সিবু কয়া হোংগ্রবা! কবো লোইবং-মক্তনা
ইকু ওইবী মোইরাংগী! থোম্রিবরা শানৌভোন!"
হাযবে। খুম্বা নংত্রিঙৈ—সনা য়াথং তাইননা
চাওবা মামা "ইবুংঙো! যুব্রাজ করি লৈবি?"
হংবিরক্লে। যুব্রাজনা "লোইয়ে ইপু খংঙে।"
হাযনা খুমজে চিংখুবা মথা তাবা ঙমথিদে॥
মথরাইবু য়োল্লকপা লৈপাক মাইরোং য়াক্লকপা,
মরৌশিংনা লৈপাকপু লোইনীগুম্না থিংলকপা,

নংগীদমক হায়দুনা হুয়েন মমাং থারকপা
তৌবিমনগী সিংখোম্না "নিংথৌম্বা অঙম্বা
মনা থাংগুম মঙান-নাই, নিংথৌ ফীগুম ময়েক-লা,
শেম্বা গুণ-ছু তাবদা ময়া কুমই যুব্রাজ।
মোইরাং চাওবা মহাক্না বা অসিগী মথাদা,
ঙসাই চৈথাপ তৌনবা তম্মে মথং বাশিংদো।
চাওবৈ মবা তাবদা মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"পুথম পিরমগ্রবোইরে?"—"পিরমদরে ইঙ্গিংথৌ।"
লীথরকই অসুম্না। চিংখুবগা হায়নবা;
থোইবী মতাং য়োবদা—"চুমই ইপু" হায়রকই।
অসিমসু হায়বিবে "ইপু নোংথোন ঙসিদি
নোংবান শিরমগনিদো ঐবু লৈরমগ্রবদি!
খুমম নমাক খম্বনা লোইশা পুমচুম চুম্বনি।
শাওবদগী নোংয়াইনা ইকোপ লায়শন ফাগেদি,
বাশকখিদো; অতুগী কদায়নো হায়রুবনি।"
"য়াম্না চুমই পুথিক্লাই! লেংথোক্লগা মি-পুম্বা
ঙাংনবনা থোক্কনি। লৈপাক্নদি অসিবু
থংনদবা কৌবনা থংনবদা মথংই।
ননাই থোংলেন অঙাওবা খুংলবনা হাক্লগা
তৌরগনি বা অমা।" অম্না অনি হায়নরে।
"চুমই ইপু থোক্লসি হোয়েন থোংলেন লাক্লগা
থাম্বীনবা লৈরবোই।" হায়নদুনা নোংথোম্বা
নিংথৌ মপু মনাইদো, কেগে চৈথাপ তমদুনা
সজিক থবা ওইদুনা লেংথোরক্লে সংগাইদে॥
চিংখুবদি মাং-থাগ্রে মপু মনাই কোক্লকই
নিংথৌ খুংলে চৈথাপ্তা—কোথৌ মঙাল লাকপদা,
ইমুং মচু কোক্তুনা লেপখেংগুম শাম্নকৈবু,

কেগে চৈরাপ অহুগী মায়কৈ পুখ্রা শেংলক্লে।
ইন্দ্র কৌবা লাই-তুনা মাগী লোতা-কপগুম
মোইরাং চৈরাপ লেমজরে, চৈরাপ মনিন নাইদরে॥
ঙাহাক তুমিন তুমিল্লা লৈনরবা তুংদুদা,
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"কেগে চৈরাপ তিনবরু,
রা অমতা লাওজগে?" সনা য়াথং হৌরকই।
চৈবাপ তিনবা পুখ্রনা চরৈ কীগাও শাম্বে।
"হন্দক কাঙগী বিচার, নোংবান মাইবী চংবম্বা,
রা খুকউদা থোংবগুম—মাসি মতুং তৌনুসি।
ঐনা অঙাং অসিগী মরা তাখরবনি।
নোংবান হাৎকে তৌবদা থাম্বথি ঐনা মহাকপু।
শাওবদগী খম্বনা শন-সি কাগে হায়বনি।
রাফম অসি হংঙব্রা?"—"ননাই ঐখোই হংজরি।"
—"চুম্বরদো মাহুদে হুম্না বিচার তৌবরা?"
কেগে চৈরাপ কম্বিবা 'ঙম্বা পুম্বা চৈহৎলে।
মপুই য়াথং অতুদা মোইরাং চাওবা পেঞ্জরে।
রাহুগী অবোইবদা—"শনগী রাদা তাবিয়ো"
মপু সনা চোরোন্দা চাওবা মানা হংগথলে।
মপু সনা য়াথংনা—"ইপু লোংথোন শন-অসি,
কৎসিগবা থাংজিংদা?"—"অজ্ঞা! ননাই নোংবানগী
মরাসিবু মতুংদা শংলৌ লৌবিগদরা?"—
"চুম্বি মাহু নোংথোম্বা! কবি শংলৌ লৌগনি।
ঙমগদবা লৌগনি ঙম্মোইদবা লৌরোই।
হৌনবা লৈরি মাগী প্রতিকারম্ভু তৌগনি
কবি শংলৌ লৌগনি।" হায়বিরক্লে নিংথৌনা।
নোংথোম্বনা মাহুদা—"হন্দক শনগী অসিম্বু,
প্রতিকার তৌসিরা?" হংগৎলক্লে নিংথৌদা।

মপু মোইরাং নিংথৌনা—"ইপু নোংথোম্ন য়াগনি,
প্রতিকাবসু হংগনি। অসুম্নদি ওইবদা,
থাদকথদে খম্বনা সৈত লৈবা নমাক্নি।
'সিবু কম্না ঐথোইনা কাইহন্সিগে নোংথোম্বা!
থাদবু হায়ৰক্লবনি' ঐথোই লৈবাক চৎকনি।
থাকমপ্সিদা মোইরাংগী থাংগরাকপা অঙম্বা—
"ইনিংথৌবু! থাংজিংনা কৌক্রুদগী হৌদুনা
লৈপাক থোক্নী কক্লগা 'পিয়ু হায়ৰক্লবদি?' —
"থাংগরাকপা মাদুদি—শন্সু থাংজিং নহাক্না
কাজক্লবো ভৌরুবো হায়না থৌরী পিবিনি।"
হায়রে মোইরাং নিংথৌনা। চাওবা নোংথোম্বনা 'মুক—
"হায়রুসিনা হৌজিকসু, কন্নি য়ারোইদদগে।"
ইচাও চাওনা হায়রকই। চাওবৈ থাঙাং তাথদা
পেপ্লে মোইরাং নিংথৌদো। ডাহাক য়েৎনকবগী
চিংখুববু নিংথৌনা লোঙাননা কৌসিনখি।
থারম খর হায়নখি কেপে কনা তাখিদে।
"কন্নি ওইরিগদনো।" খম্বে সুম্না লৈপাক্না।
নিংথৌ মচিন মবাওনা থাদু চিরক্লগা
মোইরাং চাওবা য়েংদুনা মপু য়াথং তৌরকই—
"ইপু চাওবা শন-অসি ফাহন্লিদা, হান্দক্তি,
শন-ফামনসি ঐহাক্না খর চাওনা পিনিংই।"
—"করম হায়না ইনিংথৌ?"—"কৈনা ওইনম্ন পিগেনে।"
—"শ্রীযুৎ ইবুংঙোগীদি, নজায়কেম্না লৈতেনা।"
—"কন্নিবানো নোংথোম্বা শানৌভোম্না পোকপদু,
ঐগী ইচা কৎতবা?"—"য়াম্নাং চুমই পুন্নিক্লাই,
মাদুনদি কদায়নো।"—"য়াম্নবনি ইনাওক্নু।"
—"লৈপাক্নদি তাদবা—"। মপু মোইরাং নিংথৌনা—

"শানৌতোমবু নপুনা—"। যুত্রাগনা "ইপুমু!
য়াম্বংসনা য়াথংসে লেংগদ্রবা য়াথংনি।"
চিংখু মবা ভাবদা মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা,
থাংলেন মখুংস্মুহনা কংলা যুম্বী অত্দা
চোংথংতুনা হকখরে; মোইরাং লৈপাক হবাওরে॥
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা, লাইরবগী লল-ওইবা,
কেগে চৈরাপ মমাংদা খুমন মাগী কং-হুদা,
বৃন্দা থাংপোক ৎইবিবা! লমজা! পলেম পস্থৌবু
শকইবদি অংম্বা। খুমন মাবু য়েংগক্লে.—
"মাক্লৌরেন-খম্বা তাওনে।"—"ইমান'বুংঙো তাকপিসি।"
—"খুমন ইকোপ পুংদগী, নোংয়াই! কাওরেন অসিবু,
তোম্পোক ফারসিগবা? লমজা করি হায়বগে?"
মকুই রাহু ভাবনা লাইরবদি খম্বনা,
ভক্ত-ফীবু য়েংচরে লৈপাক মাংদা চোংথোক্লে।
—"ছারা মচা ননাই'না ইকোপ কাংরেন ফাজগে!
পাংজদবা লমজানি মোইবাং লৈপাক লেংবিয়ু।"
খুকউ লৈদা ভাহনা মখুং অনি লোম্লরে।
থোয়বু নৌবা রাহৈমা ভক্তি ইরোইনহনা
খুরমজরে খম্বনা কেগে লৈপাক তিনবদা,
'ওম্বা লোইনা ফম্লবা মপু সনা চোরোন্দা॥
খুমন মাগী ভক্তিগী লৌনবিরে বার্ত্তান-দো।—
"ঙস্মে ফাজো ঙমদবে লৈপাক ঐখোই চংগনি।
কাওরেন মাবু ফাগনি।" য়াবিখরে লৈপাক্না।
"নংনা শিবা মকমদা শিগে ঐখোই লেপ্পমক্,
লৈপাক ঐখোই য়াথংনা ফাব-হুস্থ ঙমজোকো।"
কেগে লৈপাক তিনবগী হমু-হনা অপুম্বা
বোর অহু পিবিবে। ইংখংলকপা মথৈস্নু,
নোংয়াই মাগীদমক্লি শিসি রাশকনখবে॥
খুম্বক খুম্বা মাম্নখি লেপ্রে লৈপাক হুপ্পনা॥
তোঙমদবা চাওবনা, মপু সনা চোরোন্দা;—
"ঐবু লোইবা ইবুংঙো! ননাই খুমন অঙাংবু,
পাখ্রা ওইনা করম্না নোংয়াই মীরৈপাকতবু,

চৎকদগে, ঙসিমক 'সনা' থাবিয়ুনা।"
হংগৎলক্লে থুনমক। লৈপাক পুমপেন পেপ্লরে।
"ইপু করি রানোদা! হেরা থাংনা সাখিদি
ওইরসনু নোংথোম্বা পিগে ইমোম ইচাবু!"
রাশকখরে যুবরাজ—চিংথুনাহা-তেহেলবা।
লোইরে লৈপাক কুম্মসি কেগে চৈরাপ হায়নরে।
চাওবা তন্ন হৌগৎলে—"কেগে লৈপাক তিনববু
ঙাঙাক্তদি ঙাইবিথো বাবু লৈরি।" হায়রকই।
মোইরাং চৈরাপ তিনবনা—"লৈখরেদা রামক্ল,
চাওবা মাপী মবুক্লে।" হায়নরকই চাওববু,
চাওবে লৌশিং রাখন্দা কয়ামনা থাগৎনৈ।
শাওনৈ লৈপাক কয়ানা কুম্লিংলবা মথেনা॥
"খোইমু ওইবা ঐখোইনি অমূতনা নহাকনি।
তাসি হায়ু অওম্বা!" হায়নরকই কোংগাইনা।
"খুমনগীনি শনসিদি করম হায়না ফাকনি?"
—"চুম্মি চুম্মি" হায়রকই—চাওবে মরা তাবদা।
"খুমন মোইরাং হায়বদি লম্পিনবা লৈপাক্নি।
হুয়েল থৌদাং ওইননি, খুমন লৈপাক অচুনা,
করে য়াবিরবদি, পিনিংদবা থোক্ল'দি
য়ারোই শনসি ফারুবা।" হায়নরক্লে চৈরপ্তো।
কেগে চাওবা নোংথোম্বা থাগৎনরে লৈপাক্লা।
'শনসি লৈবা চৎপা তায'—মোইরাং চৈরাপ লেপ্লরে।
"পিরকতরো কমদৌনি।" মাইবা মাইবী কৌশিম্নি।
মাইবা মাইবী রা লোদে। পাঞ্জিশিংগা তানরে।
"প্রতিকার তৌগনি।" পাঞ্জিশিংনা লেপথরে।
লৈপাক' মাচু তাইন্দে, নিংথৌ মচিন মনাওগা
থংই মোইরাং চাওবগা থুপচিনথরে রা অসি।
"শন লৈবা চৎকনি। চাওবা চৎলু" হায়নরে॥
"চুমই লৌনি নবচুনা তৌবগীদি মাসিদা
মীপী কৌই, অচুনা চাওবা ঐদি চৎচরোই;
ইতোন থাংগম্বাকপনা চৎপিবনা ফগনি।"
—"কৈদগীমো ইচাবু, ইচাঅদি চৎতনা।"—

—"অহন কৌই ইত্তোন্না কেগে লৈপাক অসিগী,
খ্বাইগী অহল হায়রদি সনা থৌগল কুইরবা ;
মতিক চাবা অহননি ; থৌগল্লোন্দা তোন্দ্রক।
চৎপিসিদা হান্দক্তি।" ইন্সিল্লকই চাওখনা।
অহানবগী বিচারদা মমাক লমজা কাত্থবা,
ঙাংখি হায়বা অঙম্বা থাংগ্রাকপনচিংবনু,
কেগে চৈরাপ তিনবদা—"মচিন পংথৌ থৌরগা ;
লৈপাক বাবু অচৌবা পস্থেং ওইবা মতমদা,
মশোং উনা লৈথোকই ;" অসি বাবু পল্লকই ;
কেগে চৈরাপ কম্মিবা 'ঙম্বা কোংগায় অত্থবু,
চাওবা মানা পায়রম্মি ; মমৈত্থজা হায়রক্কই—
"মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো। কয়ে চৎকে নন্নাই ঐ।
হোরেন নতাও নিংথৌনা 'মোইরাং মানা কাপ্রগা,
লাকওমদ্রবা শন-সিবু থুমন হায়বা ঐহাক্না,
চোপই পিবা য়াদরে'। খল্লহনা পিরম্ম।
কেগে লৈপাক অসিদা চাওবা কৌবা ঐহাকপু,
ঙাংনগদি করিবু! হায়রোই-নিংঙাই তাকপিসি ;
ননাই চাওবা চৎচগে।" চাত্বৈ মবা তাবদা—
"চুমই চুমই" হায়নরে। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"নিংবা থিংবা য়াবরা ; ইপু করি কিক্করি।"
—"ননাই ঐদি ইনিংথৌ! চরন থৌগম তৌবদা,
সুম্বা মিংচৎ অসিবু লৈহনবিমু ইবুংঙো।"
হংগৎলক্লে চাওবনা। চৎপ তারে থাংগ্রাকপা।
চোপ্পা য়াদে হায়বগী নিপা য়াথৈ থাখরে,
"কেগে চৈরাপ অসিগী কক্লাং ওইবা কুম্বা যাই,
যুম্বী ওইবা মথৈদি কুম্বা য়াদে লৈবিখো।
নিংথৌ ঐম্ম ঙাইজনি।" লৈরসিদি হায়ত্থনা,
নিংথৌ সংগাই চৎদরে। 'ঙম্বাশিংগা লোইননা
লৈরে অত্থম চৈরাপ্তা। থুমিৎখংবা মতমদা
লাম্মী নিপা য়াথৈগা শাফী-লানফী শেংত্থনা
খোংশানখরে থাংগ্রাকপা কেগে চৈরাপ 'ত্থনগী।
চরোইবুং য়াংবি লানথ্রে, খুবল লৈপাক য়ৌখনে।

খুমন কোম্মুং চংখরে থাংগবাকপা খুংখরে॥
নিপা য়াথৈ ঊবদা মুশুক মুশুক তৌনখি।
হিহোনবনি হায়বদা চুম্মি হায়না লেপ্লরে।
মতিক চাবা কীদাদা থাংগয়াকপা ফমথরে।
খুমন 'ঙম্বা মথৈগা মায়োক্নবে-ফজরে॥
ঙাহাক পুংগোয ফম্বগা হাঙম্মুবদি অঙম্বা
নোংয়াই ডম্বা অঙম্বা মপাঙ তম্না হৌরকই,
কেগে 'ঙম্বা মহাক্কী পরিচোযবু হংলকই-।
"কেগে মপু নিংথৌগী সনা যাথং পুবনি,
মোইরাং কৌবা লৈপাক্কী থাংগয়াকপা 'ঙম্বনি।
নত্তে নিংথৌ মপাওদা থাংজিং লাইগী মপাওম্বু,
'ঙম্বা ঐনা পুবকই॥" য়ারম অসি তাবদা
খুমন 'ঙম্বা মথৈদো চবৈ ফীগাও শাজরে।
"করি মরম লৈবনো?" য়ারম তন্না হংলক্লে॥
"কেগে লৈপাক অহুগী থাংজিং কৌবা লাইহুনা,
'কুমজা খুদিং ইরাংপা থাংজিং কৌবা ঐহাক্না,
ঙাম্নু খুম্নু চাবদি—চানিংদবে কুমশিদি।
থাংফম তাক্নন লৈতবা মনম শাজৈ থাদবা;
ইকোপ-লাইপন-সোইদগী কাওয়েন মাবু চাগে'দি
হায়রিরেদো মোইরাংদা। 'ঙম্বশিংগী থৌজানবু
নত্তবদি মোইরাংনা ঙম্মোইদৌরে; অহুগী—
কাওবেন মাবু লৈজগে, লাকচবনি ঐহাক্না।"
খুমন ঙম্বা শিংত্নুদা থাংগয়াকপা হায়কুরে॥
য়ারম অহু তাবদা লৈপাক তিনবা খুমন্দো,
'ঙম্বা মথৈ লোইনবা মরু ঙম্না লুকথরে।
তুমিন তুমিন লৈনখি। ঙাহাক অহুম লৈরগা,
ঙকশম তোংদম হাইগৎনৈ খুমন মথৈ হায়রকই—
"খুমন লৈপাক চংহুনা, হৌজ হৌজ কয়ারক,—
তাবিবরা অঙম্ব, ফাগে তৌরে ঙায়বসে?"—
—"খুমন লৈপাক তিনববু! তাজৈ মাহু ঐখোইনা।
খুমন মোইরাং মনিগী, হায়বিরিদো থাংজিংনা
ভ্রানবু কোকপিগে।"—"হায়বিদ্রিদো অঙম্বা,

নুংঙাইরেদা খুমনন্তু। খুমন লৈপাক ব্রারকপা
কুইবে চহি ম্রাম্লক্লে। মোইবাং নংগী মকাদা
হংগে ব্রারম অমতং ঙাকপিয়ুকো নহাক্না.—
কেগে য়ুমকোক অসিবু হেঙ্গৎপল্লা, তাবরা ?"
হংলে খুমন মখৈনা। "হন্দক 'নাবা অচৌবা
তারে মাহুদগীনি।" হায়রে থাংগল্লাকপনা।
"ঙমগদবা অহুদে" হংই খুমনশিংহুনা।
"ঙমগনি"—"করম হায়না ?" ব্রাকম অসি য়ৌবদা,
ব্রা শাংখিবা তারেনা খল্লদনা থাংগ্রাকপা—।
"কেগে মযাম চংলোইদো অমতনা ফাগনি,
ঙমগনি, উগনি 'হুগা লৈবা লাকপনি।"
হ ্ববকই মোইরাং মানা। "হী করিনো, কনানো ?
মোইবাং মচা অহুদে।" ঙক্ল হংই খুমনা।
"মোইবাং নওে খুমন নপাচা নোংয়াই মরেল্ল,
খুমনগী শাগৈনিদো" হায়রে, থাংগরাকপগী
ব্রা তাবদা ব্রাকনদা—খুমন মখা তাখিদে,
ক্লাকপা কৌবা 'ঙম্বদো—চৎখ্রে নিংথৌ সংগাইদা
হংগৎখবে ব্রারমদো। খুমন নিংথৌ হরাওই।
মহারাণী কৌথোক্লে। ব্রারম অহু তম্বরে।
"খুমন ই-ঈ হায়বদো হয়েং লাক্লগনিদো।
চান-থক্ল অপুম্বা 'খোইনা লোইনা লাঙগনি।
মহারাণী ঐহাক্না 'মুক্তা উগে নিংবদো,
থুডগনি হন্দক্তি" খঙ্গহুনা খুমনগী
মহারাণী হন্নাইনু—হবাওনরে সংগাইদা।
খুমন বিজয়া 'তুদা খুমন নিংথৌ লেংথোক্লে।
"কেগে ঙম্বা কদাযনো ?" হায়রহুনা নিংথৌনা
থাংগরাকপা মহাকপু থোংজিনদগী হৌহুনা
হংলকইদো মুমিংতো। মোইরাং ফম্নাইবহুনা—
"খুনম লৈপাক মপুরেল, খুমন্ শিঙথোং ইনিংথৌ,
নোংযাই শিঙথোং পুরিক্লাই, নন্নাই খুরুমজরিদো।"
মম্না লৈশিং-লৈথোম্না খুরুমজরে থাংগ্রাকপা,
খুমন নিংথৌ উবদা নোংম্নাই নিংথৌ চোরোম্দা॥

অঙোম মোংবান মোংমানবা কেগে খুমন অনিদা
মানা শিনবা কুমৈনি। মোইরাং নিংথৌ মপুগী
নোংয়াই খম্বা হৈরোংশক পোৎলান পোত্তি ওইহনা,
খুমন লৈপাক অহুদা খুমন নিংথৌ চোরোন্দা,
কৎলুরেদো পোৎলাগে কেগে থাংগ্রাকপহনা॥
খুমন নিংথৌ মপুনা চিংশিনখিরে থাংগ্রাকপা
সনা নাক্তা কম্মুদি। কীদা ফদে মোইরাংদো।
খুরু খুদক কুন্দুনা লোংচৈ খুমাং খুতুংহু,
কম্মি কীদা মনাক্তা কৈথা মোনবা শাগুমা॥
"কেগে লালোই ফমাইবা! তাদি ভারে 'হুমকপু,
মপু খোয়ুম নোংদমগা ইতাও সনা য়াথংনে
ভানিংইদা অমুকা!" হায়বিরক্লে নিংথৌনা॥
বাকম অমুক হন্দুনা "খুমন মাগী নয়েল্লু

* * * * *

নোংয়াই নপাচা মনা কাগদবা কাওরেন-নি।"
বারম অহু স্নুপুক্না হংগৎচরে থাংগ্রাকপা॥
ঙাখরৈম লম্‌ওক্ হৈ, পুরেম্বগী ধারাদি,
তাওজিং মগুন্‌ তাবদা খুমন মখৈ পেঞ্জরে।
"নুংঙাইরেদা অঙম্বা কেগে নব্বা তাংদা!
পাংতো ঐনা কংচরে, ফার' কংপা ইতাওনা;
কংলু হায়ু ইতাওদা! খুমন ইপা চান-বু
ফারবদি অঙম্বা! খুমন ঐনা ফাবনি।
—কন্নি লৈরি খুমন-শা!" হংবিখরে নিংথৌনা।
"মতুমক্কি ইনিংথৌ। হংগৎলকপা নতাওনা।"
পাংজখরে মোইরাংগী থাংগয়াকপা মহাক্‌সু।
কংলা চোম্না কম্মিবা য়ারে খুমন মখৈ-সু।
য়ারদোবা উবদা ইন্সিনকই থাংগ্রাকপা
"অমত্তগা ইনিংথৌ?" —"কন্নি থাকই অঙম্ব,
ঐইম্বু মাগী, মাগীসু ঐগী, তম্মু চিংথহু।"
হায়রে খুমন নিংথৌনা। হয়াওজরে থাংগ্রাকপা—
"অঞ্জা! নত্তাও জিংথৌনা খায়োবিন্নু নিরকই—

মী থরদি লোইনবা হন্দক খোংফম অসিদি।”
“চুমি লোইনমক্কনি।”—“মুংশা চিংশানদি খ্রিষ্ট
মহাইগৎলেদো কাল”সি হৈ” লৈ’ম, চিমিংবা,
চানিংবনা খুহুম চন্. অডাওবনা কয়ানি।
চংহুনা হেক্ হেক্তোকউ, তুগী বেরা ওইজরক;
রারোবিন্নু মপুনা—বাকম সিন্থু নত্তাওনা।”
—“কম্রি বানো অঙম্বা বেরা লৈতে চাসন্নু।
যোৎচিন সৌজিন য়ুগনি চংহুনা ’মুক হেক্লরোই।
ঐনা পৈনা থমগনি—খুমন লৈপাক অসিগী
হৈগী লৈগী জাৎ-সুনা,—হৈগী লৈগী সেন কাযু।
ঐগী সিদা কংজবা ’তুগী অমুক মথক্তা,
হৈরেম খুজ্জাম মৈত্তৈদে ওয় মথে থিহুন।
পয়ু কেগে মাগীদি। তোবুং শাবু তানবদা
ইতাও মানা তৌবিনি। ঐগী সিদা লাকপনি।
খুমন ইবম ইকোপ্তা সগাই শারো থিমগন্নু।”
নিংথৌ য়াথং পিখরে থাংগরাকপৈ মমাংদা।
ইকোপ অপান-সোই’হুদা সগাই তন্না শাথরে।
থোরাং পুম্বা তৌথরে। থাংগরাকপা উথরে।
“থোইদি ওম্মোইদৌরেদো সিগী লমল শিংবদি,
মোইরাং হায়বা লৈপাক্লা কম্রি লৈত ওইবমা—।”
সুন্না থাগৎচহুনা খুমন নিংথৌ চোম্নোনবু
খুরম্লগা হল্লকই, অপান-সোইদৈ থাংগ্রাকপা॥
সন্ধা নরল চমবদা থাংগরাকপা থুংভরে।
কেগে চৈরাপ অহুনা ইখৌরাংবা চেক্ কুম্না
ওাইমবমই, অঙম্বা থাংগবাকপা মহাকপু॥
লাকএ লাকএ হাবহুনা য়েংনবদা, অঙম্বা
নোকফেৎ তৌনা চংলকপা থাংগরাকপা উবদা,
অহুক য়াম্বা মোইরাংদি ’অম্বা নিংথৌ খিবিক্তো
মঙ্গোল ওইরে হাযববু উহনখরে মত্তা-দো।
পিরক-ওইদ্রা হায়হুনা বানরম্বা মোইরাংদো।
মায়থোং নকা লাম্নংর। “করমদৌরে” হায়হুনা
হংবিক্লে নিংথৌনা। “মঙ্গোল ওইরে” হায়নদি

বারম অহু স্থগাইনা তম্বই থাংগরাকপনা।
"হৈগী-লৈগী সগাইগী রারম খর অসিদি,
মপুই চোয়োন ঙাকপিয়ু—" —"করি বানো অঙম্বা,
ঐনা হায়জখিবগা খরতুমদি বাংলম্মি।
হায়রি খুমন নিংথৌদা'—হায়বিরক্লে মনাইবু।
মপু মোইরাং নিংথৌনা পেনবা, ননা পিনিংবা,
ইংগিত অহু উরকই। মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা,
হংগৎলকলে মপুদা—"ননাই ইতোন অসিবু
করিগুম্বা খরদং—, ফজখরে ঙসিগী,'
তৌরুরিবা বাফমসি।" চাহৈবৈ মবা তাবদা,
"ইপু নোংথোন ঙসিগী—খুমন লৈপাক চংলুরা,—
ফৈজনকো, থাংগ্রাকপা!"—"ইনিংথৌবু নিংথিজৈ।
কেগে ঐগী লৈপাকতা অহন মতম ওইরবা,
অহন ওইবা মতিক চাই।" থাগৎলকই অম্বুম্বা!
"কেগে লৈপাক তাবিয়ু—বিজয় বানা হায়বদো
ইপু খোংলেন মাগীনি। পজেং ফিরান পিরসি,
লোকতাক পামিং সিংথৈ, ফৌ পরিদি অহুংগা,
পিবিরসি; অহুগা থাংগরাকপা ইপুদি,
নিংথৌ ঐগী কোম্নুংসি, কেগে লৈপাক অসিম্বু
ইপু মংনা পুহোৎবো। খুমন নগু খম্বনা
ইকোপ লাইশন্ ফাবগি ঐখোই মরাম চংলগে।"
হায়বিথরে নিংথৌনা লৈপাক পুম্বা হরাওরে।
থাংগরাকপা অঙম্বা ফংগ্রে ফীরান মনিবা।
মপু সনা কোম্নুংবু শিরখরে মখুৎতা।
হয়েং ইম্নুং ঙানবদা কাওরেল ফাবা চংলনি,
কেগে লোইনা হোৎনা হায়নহনা চৈরাপ্তে
চাইথনগ্রে মোইরাংদো, মোইরাং নিংথৌ লেংশিনখ্রে।

৭

কেগে চৈরাপহৃদগী খুমন মচা খম্বনা
লাইরশংদা থুংবদা বানা লৈরম্মি খম্বু!
হুমিৎ-থা থোক্তরবা পৃথিগুন্না তারমই।
থরাই য়াওঙ্গ হকচাংগুম হুজা শোর হোৎনদে।

খল্লাই য়াওদ' হকচাংগুম মুজা সোর হোল্লখদে ।
লমজা মচে উবদা—"চাকথোংগ্রিবরা ইচে ! "
হায়রক্লেদো খম্বনা । ' কদায়দগী থোংগনি,
ইচেম চাক্কা থোংনিংদে" "হেদো নাহে চনবরা,
কৈদৌরগে ইচেমক্কন !"—"নাদে, ইচেম মাহুনা
থোইনা মুংঙাইগদৌনি । চৈরাপ দোলাইপাবনা,
নংবু কৌখিবহুদা ইচেম মুংশা থিবনা,
থৌনাও চরম কংখরে । খুমন নশক উবদা
ইচেম সোর হোল্লেদো । শাবাও লান-বাও লৈবরা ?
কম্বিগীনি হায়বগে ?" "লান-বাও মক্কি থোকওইরা,
শাবাও হায়বদি য়ানি ।" সুম্না খুমজৈ খম্বনা ।
লমজা খম্বু লাইরবী লৈরাং মতম নত্তুনা
খাব উল্লেননংবীনা—"পঙ্কৈ মহ ক থকু-তুদা
তোর্বুং লাইশা তাঙ্গিদো । পাম্বা মঙা ফাই হায়বা,
মাহুরনে ইবুংঙো ?"- "মাহু নত্তে ইচেম্মাল ।
শণ অমতংবু' খোইগী লৈরম্যায়না ইচেক্কন ?"
মৌপ্রায় ব্রাহ্ম তাবদা খুম্বু মতু চুংখরে ;
নোংদোন লাইজ ওইরবা খম্বা ব্রাহং অহুদা,—
ব্রাকচিং থাগী তুরেনগুম ইচেন তুখুন তাগ্গনা,
পিকউরবা ইচেনদি পঙ্কৌ মাগী প্রেম্ অদো ।
নুয়া থমোই লোক্নুদা লাইজ মখৈ পুহুনা
প্রেমগী ইচাও লাক্নুনা খোংনা লাঙনা হৌরক্লে ।
"ইপা ঙাংবা পামহৈবা ! পারি কাদা হায়রম্বোই !
খুমন পাজল চার'না থিরকলরোই পঙ্কৌবু ।"
খনগ্রহুনা খম্বুদো নোংয়াই চন্ লাম্ররবী,
খুমন মাবু য়েংহুনা নোংখোংবগুম কপ্লক্লে ।
মচেম কপ্প উবদা নোংয়াই পিবু তারকই ।




ইমা লকপী ইচেম্বল। পলেম কম্রি কপ্পে?
কাওরেন মাবু হংলেগা—হায়জরকই খম্বনা॥
"ইচু নিংথৌ ইবুংঙো। চুমই কাওরেল অম্বু,
খূমন খুংগংঙো লৈকমাই। পলেম ইমা ইবেম্মা।
নংবু ঐন পোকপিদ ঙাম্বরৈমা কৈবিগী
নিংঙো-ঙারা-পুংদে'ংবা খোযুম মাপী মচানি।
অউন শম্মি ইবুংঙো। পলেম্মা থৈনা পা—
মচু ঙাংই হয়গা, মিংগী কৈবা খুন্দগী
কাওরেন মাবু পুরকই - সিগী নতৈ লোত্থনা,
কাওরেন মাপী কোলে ইবু—নিংথি-ঙারা-পুংয়োবা
ঙাংব-নিংথি-পাম্বিবা' কৌইদো ইচু নিংথে॥
পলেম পম্হৌ অনিনা নোংগগ্রবা মতুংদা
খূমন পাকল চাওত্রিরৈঙে, কোঙনবিনা লৈত্তরে।
লোংয়াই! নচেম ঐমগু কাওরেন থিব' হুমখিদে।
কোন্দেখিবা শংদো, খূমন ইকেক পুংহুদা
থৌগ্রমাম্লে ইবুংঙো। কাওরেন মীরোন থংরনি।
হেক কোন্দেখিবা নঙে, লমজা ইচিন ইপ্রাবু
য়াম্না কুইনা কোম্লমই। খূমন নংবু পোত্থনা
মোইরাং য়ুমথোং খুদিংদা অহিং নুংথিন কোংগাইরা
কাওরেন কোয়না ইল্লিদো, খোম্লাংইনবা চংশনা
তাওবা হুইবু লৈরম্বা কাওরেন লিংজেন কংজনা
পাম্ব-মীবু চাবশিং লৈরম্বা মতমদা
তাম্মোকশিন্নে ইবুংঙো পম্হৌ খাংবা অথুনা॥
খূমন ইচিন ইপ্রানা কিদ শংদ চংচৈদো।
ইপায় ইংথোব ফাংলে ইনুং ইনুং পোইরা তুমলনা
কোয়ন-চংব থাকইদো ইনুং খুদিং কিহল্লে।
চাক্লি কীনি চংশদা চৈবি পুম্না হোৎনবা,

খুমন নংবু কোয়বা কীজেং অকংব'শক্তা
লৈত্রহুনা ইচেঙ্গা খুমন' মংবু থাঙ্গ-কোল,
লেপ্লবদা; ইপানা চংলকইদো কুম্লেদো,
কাওগী মথা অপাকপা মালেম লৈদা অঙ্গনা।
"খুমন-নচিন নৌপক্বা হিপউ ঐগী ইথাদা,"
থাকই হায়দে হায়বদা; কাওগী মচিন অহুনা
চিংথহুনা নহাকপু চরৈ মহুং শিন্দুনা
পলেম পম্বৈ শক্তুনা কোল্লি ইচিন ইপবাবু।
মথা মচি অমনা হাইগতুনা কুপইদো।
চরৈ লৈক্তে হায়বগী ঝাকুদনা লেল্লিদো,
ইনুং খুদিং অস্থুম্না। খুমন নংগী ঝাবনা
সজিক কাওবা চাদেদো—নোংম কাদোক ইচেম্ম,
তরা চাকপু ফংদবা, চরা হেনবা উরগা
নোংয়াই নাহা নহাক্লা। লম্বাই কোয়রেন থকতুনা
পম্বৌ চিম্লা, নাতোম্না স্থুদ্-স্থুদ্ নমই কপ্লকই,
কাওরেন-মমিং অনিদো মপি তাইদো ইপাদো।
শাগী জাঙ্গি ওইবনা কাওরেন ঝাদি ডাং-ডমদা,
অৱাবদি মউজ, কোকহনবদি ডমখিদা,
শম্না মথুং পান্দুনা পেক্লক মনা অমতং
নোংয়াই মংগী হায়হুনা থিক্লবস্থ ডমজদা!
চাখিদরে মমৈদা নাপী মকা অমতা
থংলভরে পম্বৈদো— ইপায় ইখোন হুংশিদা
লৈরে কোয়না চংহুনা। তুমিং কয়াম্ব মতুঙ্গা
হুংশাথিরে ইচেমনা। পম্বৌ নাক্তা চংহুনা
'পম্বৌ নংবু নাক্ত্রা হপৌ খুদাপ অসিনা
চারপবু করোনে' ঝাশকতুনা ইচেম্না
ইম্নি পম্বৌ চিন্দুনা। চাইদো ইচেম্' ইনবদো।

'ইমোম' বেম্মা নাদেদা, নহোয় নতৌ উবদা
ইপা ঙাংবা·য়াদরে ; নহোয় নতৌ য়েংহুনা
লৈমিংদরে হায়রবোই; চাখি হুপ্নৌ খুদাপ-তো।
'মিৎতা পিরু তাহুনা লেকই, নোংয়াই ইচেম্বু।
কোয়ৌ মুমিৎ হুদগী ; চৎখোকখবোই নিংউইদো!
হন্নকত্তরে, ইবুংঙো! পম্বৌ ঙাংব-পাম্‌হৈবা,
ঙসি ফাওবা ঊখিদে কোয়ৌশিংবুম য়ামখরে
পম্বৌ মাবু কায়নবা !! খুমন 'বুংঙো নহাক্না,
মোইরাং কনায় চিন্দুগী পম্বৌ' রারি তাহুনা
হংলবগে ইচেমদা ?"—নোংয়াই চনু পোক্লেম্বী
খুমন চনু য়াইথিবী রারি অসি শারগা,
রাকম অসি হংহুনা খুমন মাবু লোক্নৌ কোন,
নোংখোংবগুম কপ্লক্লে নোংয়াই মাস্থু কপচরে।
মচেম রাহু তাবদা পুরেম্বগী মচাদি
খুমন অঙাং খম্বদো-কেগে চৈরাপ অহুদা
কাওরেন ফাগে য়াখিবা ফানিংঙম্বাহুদগী
মোইরাং লৈপাক ঙাইদানা মতোম চৎকে নিংউরে।
ঊনিংলেদা কাও অদো ফানিংবনা খোয়াংই।
নোংয়াই মচেম য়েংহুনা—"ইচেমহন্না নহাম্'খৈ
নিংশিংবিদো ঐঙোন্দা। মীনা হায়বা ঙাইদনা
লৌক্নরগা ঐহাক্না ইপা শক্ক লাৎচরা'
মুংঙাইগবা কয়াদা। ইচেম্‌হন রাক্নমু!
শন ফাবা চৎলনি।" মুন্না তৌরে হায়বদো
তম্মে খম্বন মচেমদা রারম অচ মুপ্তক্না।
খম্বৈ মরা তাবদা—"করি রানো ইবুংঙো!
অমরোমদা চুম্মিদো অহুমকপু শন অদো,
মাংঙরোই হায়গা খংঙম্মরোই মীয়োন্দি।

কাওগী্মম্বা তাবদা অকিবত্ন ওইনপ্রে।
খোংনম চৎলা মং-থিবা খুমন 'হুত্তুম থোকত্রা !"
হায়জয়কই মচেম্মা। নোংয়াই মানা-"ইচেম্মল !
অহু ওইরবম্ম কৈ-ফাদ-য়াদে ফারনি।"
হায়রে। বাহু তাবদা কম্নো হায়না খনবদা
'বাবা ঙমৈথ লৈখিদে লাইরয়বী থম্ব্দো।
মিংতা পিদি তাখিদে। মচেম' মতৌ উবদা,
খুমন মানা—"ইচেমহন ! বাবিরুমু ফাগনি,
পম্মৌ খোংগুল লৌবদি মচা ঐগী থৰ্ম্মনি।
করি চিংনবিবগে।" খামজিনখরে মচেম্দো।
পম্মৌ মানা লোইরম্বা কাওবু মক্তা ওইরবা,
ফাকৈ হায়না খম্নরে মচিন মৌপ্বা য়ানরে॥
"কাওরেল অহু ফাজরো" তাকপিখরে মচেম্মা।
খুমন চমু মচেম্মগী বোর অহু খম্বনা
ফিগাও শানা ওকখরে। সোমদা সুম্না তোনরি॥
নুরা মম্মং লাংগিনা মোইরাং লীলা ওইরিবী
সুজা মাবু পোকচবা চিংখুনহা তেল-হৈবা
কেগে চৈরাপ কুম্মকপা সংগাই মাংগোন য়োবদা
তালোই মখৈ কৌরকই—"মমাশিংবু লৈতরা ?
ইমোম ইবেম্মা কদায় ? লাংথোরকউ বা হায়গে।"
তকিং তকিং কৌরুরে। থোরকুনা লেপ্পরে।—
"করিগীনো ঐখোইবু পুক্লিং থকই—" হংগৎলে।—
"চুম্মি থকপা য়ারনি থকউহুনা কারদে।
হোজিঙ্গী চাক-ঈশিং তোয়ো থৌরাং নিংথিনা,
হয়েং ইন্নুং ঙানবদা থাং-সুবা হৈবামখৈ
মোইরাং লৈপাক অসিগী চৎপ-তারে খুমন্দা॥
মপুই বাহু তাবদা ইবেম্মশিংদো খাই হেক্ক

লাওই,—"হী করিগনো" হংজরকই মরাক্না।
চিংখুবনা—"ইচাশা? কোংয়নবা মাইবী চংলে—"
হাহৈ অসি ত্তাবদা সেন্নুমা—'পকই শক্তাক্রো-
াঙাং শাঙাং অহুগা চংইনি ফরেদা।" হাক্ক
হাকম অসি ত্তাবদা—মুনা পানবা অত্তিরা,
লৈচিন তুবং তাক্কদা চেক্কা মনা খুম্মা,
সরং থাজ অঙ্গবু তংথাই প্রোপ্রোবক্লাওম;
থাদোই চিনবু ফীন খুম নোকই মজা ইবেম্মা॥
মথং অহু মপুনা অসাই কেগে চৈরাঙ্গা
তৌনখিবা মখৈহু তমবককই সুপ্তক্লা।
"খম্বা ফাবা তমত্রগা লৈপাক চংনা ফাগনি,
অমরোমদা কুম্মৈনি। অম্ববোম্বদা হাযরগা
নিংথৌ ইচিন ইন্দাওগী ইরানগু। হাযহনি।
সুম্ন তম্মি চিংখুবা। "কবিরানো অসিদে।
ওম্নি ওম্মোই হাযবদি খাদবে লৈপাক্কো?"
হংজৈ সুম তালোইশিংনা। "চুম্মি, খংত্র-বাইস্তনি
নিংথৌ অনি ফমগনি। খুমন মোইরাং হারবদি
লাম্মিনৈদো ইচাশা, খংত্রে সিনা লুখরে।
অসিগীনা অমনি, রা'মবু শৈদ্রি-সিনি :—
ত্তারসন্নু ইচাম্ম; — খুমন লমজা মহাক্না
শল-সি কাব জর'দি, ইমোম' বেম্মা ইচাদি
কাওকা মনগী খম্বদা পিব তানি।" হায়রকই
চিংখুব যুবরাজ। রাসি হেক তাক্কবদা —
লোইবী চিংমাই অরাংবা কোকৌ শুংনা কৈবদা,
থৌন্নু শুংগাই মথক্তা মনা' মত্তা য়াওবদা
লৈরাং নৌনা শাংচবা লৈপাক লৈনা লৈরাংওম,
শাংচখরে মু/মহক্তো—থাদোই লৈরাং ওইকদো

রাখালদি অমা ওই চিন্নদা থারদাই লোন্থাংরে,—
"রাখাল থেগ্গি লৈনোদা ?" শোনখি তাবোই আমত্তোই ॥
কাওগী পাওঁদু অমা অম্পাকয়ুমদি মী খুদিং
থোইনা হকাওনখিরে । চিংখুবগী তালোইশিং,
খুমন কাদা মত্রবু শিবা তারে হায়নবা
মকা হৈরো মহাদা—অতৈ অমা তাখিদে ॥
চখং খমন-চংলগা চান-থক্ক থোরাংদু
লাংথ্রে মংকুপ চদগী অবাং অপা লৈত্রবা
চিংখুবগীদমক্কি মনাইশিংদি পুম্বনা ॥
পুংগোই থরা লৈরগা মমাতোন্দা থোইবীনা,
"পদোম শেম্বী ইমাতোন ! নমোম্ হাক চৎলুগে
খুমন নয়াই নাকতুদা পাবুং থিরক' থোক্লগা
মেম্বিরম্মু ইমানা ।" নূরা মপাও মেল্লক্লে ॥
ইমোম 'বেম্মা য়োজক্ল হায়বিখরে মমানা
পম্মো সংগাই অম্পাকয়ুম চাবা থকপা লোইহৌরে ॥
কেগে লমজাও অম্ম্ তাংলৌ ইচিক হুনখরে ।
মনাই সেন্নু তুংদা-ইন থাদোই মাংদা থাখরে ।
চোংথরক্লে থোইবীদো পম্মো সংগাই সুমাংদা ।
ইনুং অম হুয়েংদি খুমন লৈপাক চংকনি,
থাং-সু হৈব মথৈনি" —হায়বহুগী মোইরাংদো
তুমখুন হুরৈ ওস্তানা । উন্ রাইগুম্না চিক্লখি ॥
যুবরাজগী ইংথোক্লো থাপ্প-নক্ল-সুমাংদৈ,
নুমদা থাবল অম্ভুদা ওান্নি হৈকোল লৈকোল্লা ॥'
কনাগুম্বা লৈরাংনা শাংলি মপুং ফানমক,
পোম্বোম তৌই কনানা অম্প্রে হৈখল্ল লৈখল্লা ।
বসন্তগী লন্ল্ল্ল্না মন্নাই কবি লৈরাংশিং ।
কেংকি ইথোলাংগুনা থোইমুশিংনা লৈরাংবু,

তৌবা নিবা শক্তমা লেপই নৈগী খোংজিন্দা।
অরাধনা লৈহিগী থোংনা লৌমা লৈশিংদা—
"মতম কুইনা ঙাইয়ক্লে লৈরাংশিংগী মকমদা,
শিঙেন মপুং কারগা করি তুং-ওইহনবগে !!
লোইবী লম্‌দমহৎদগী লৈরাং নম্বুংলাংগীনা,
শাইরকইদো লৈরাংও !!" বারি—ঙংই খোইদিংক্রো।
ভেংথা খোন্দু তারগা লৈরাং মশেন ওক্লিয়ে,
মায়োক্লনা বারি শাই খোইমুশিংগী মবুক্তো !!
নোক্লে পেয়ে মুংঙাইনৈ বানৈ লৈরাং মথেম্মু
লৈরাংশিংগী মতোদো উরুবগা খোইমুনা,
বানৈ মুংঙাই চাকই খোইরাংই ইখৌরাংবা হেনমি !
খোইমু মতৌ উরগা .লৈরাংশিংদো তুমিন্না,
ঙমদে .লৈথোকচবদি বারহনা খুম্মকই—,
"লৈরাং ঐখোই ইমিংতো, বাকচিং কৌবা থাহদা
খোইমু কৌবা অমতা উজদেদো নোংমতা।
বসন্তনা ওইরবা মুংঙাই য়াইফ লাক্লগা,
লাকপিরেদো, অসিরা ? মরুপ হায়বা লমচংতো।
লৈরাংশিংবু খোইমুনা মুশি হায় 'হু অসিরা !"
ওইনজরি লৈশিংনা। খোইমু য়ারা কুপ্পমই।
থুমদ-য়াদ-মতাগুম:চিক্ফেল ফবা খোইশিংনা—
"য়েংবা ঙমদে লৈরাংশা, শিঙেন নহোয় নতৌদো।
থাব-উল্লেল শিংহনা নৌজরবা মাইথোংদা,
য়ৈরবদা বাবদো উজনিংদে ঐখোইনা,
কল্লবম্বু ঙমজদা —নমা-নপান কংবদো।
লাক্তবনি অসিমা বারৌরুম্বু মাহ্নদা।"—
"য়েংব ঙমদে বাজহৌ-বাম্মিরবা য়াদবোই
মরুপ মান্দে হনবিরো।" মুম্মা খোইবু লৈরাংনা

থংমরমই মতমদো। কঙ্‌বা শিংবা লৈতেংলা,
চংজকবৈ হৌনবা; লৈজাশিংনা নাকচরে?
বসন্তগী থোইশিংবু থম্বাইনরি লৈশিংনদো।
মী-চীক-নীরখাক অাঙকপা লমজা থাগী পূর্ণিমা
নোংমা লৈবা থাবন্দা বসন্তগী অহিংদা,
লৈরাং মতম ওইরিবি, বসন্তনা থৌগনবি
থাদোই মান্না থোরকপা উররেদো লৈশিংনা।
পামেল ফাংতো ওইরবী লৈরাংশিংনা থোইমুনা
লেম্নরকই থাদোইবু থাদোই মাবু কৌরকই। —
তাইবং লৈরাং অথোইবী! থোইবী কোলোই লৈরেংগী
পামেল লৈরাং ঐথোইগী তমজনফম ওইরিবি;
কদাইদনো লেংইবা ইন্নুং মতম অস্রিদা?"
লৈরাংশিংনা হংবদো খুমখিদরে থোইবীদো।
ময়াম অছু উরগা মিৎত-পিবু তারকই।
পামেল লৈরাংশিংহনা অমুকস্তু হংলকই।
খুমখিদরে ইবেম্মা লমজাওরোমদা থোরকই॥
থোইমুশিংনা লৈশিংদা—"হংউরনু খুম্মরোই,
মথংলেনগী নাক্তদা, চেংগৈ পাংকী থোইমুদো,
নোংয়াই লাইর খাংপোক-শং খোংদারুগে চৎপনি।"
থোইমু মরা তাবদা লৈরাংশিংনা থোইবীদা—
"তাইবং লৈরাং লক্তগী তাংন শাৎপী ইতারোই,
থোইমুশিংগী কাহুদা হৌনদেদো লৈরাংনা।
কংনদবী নহাকনি করি চোপচরুদগে।
লৈরাং ঐথোই খিবিরা তমজনবা ওইবীনি।
য়াইফবদি নপাগী লৈকোম্নুংসে নহাক্না
অরেম্বনি ঐথোইদি ওান্নিবনি নংদনা।
করি হায়জরুদগে লেংখিনু ইবেম্মা॥

মনাই সেন্নু থারগা কোইনবিরু থম্মুদো।
লৈরাং নতৌ উরগা ইকাইজেদো ঐখোইনা
খোইমুশিংগী কাদবু লৈরাং চংন হৌনদে।।"
থামজরকই লৈশিংনা।। খোইমুশিংগী থম্মোইদো,
পুবা য়াম্রে মতমদো, উরুবদা খোইবীগী,
মথংলেনগী ব্রাব লাংসিল্লিবী মাইখোংদো॥
পামেল লৈরাংশিংহুবু হুন্দোক্লম্লে খোইশিংনা;
খোইবীরোমদা ওন্সল্লে খোইবী কাদা লাওরকই,—
"তাইবং পামেল অনিগী লৈরাং লক্কা তাংলবী
লেংউ লেংউ ইবেম্মা মীগী মরা তাবীনু।"
লৈরাংশিংনা "লেংখিনু চোপই খোইবী ইতারোই;
নখোং থোংনা নুপীনা চংফদেদা" হায়রকই।
বসন্তগী থাবন্দা লৈগা খোইগা অনিনা
থাদোই মরা অহুগী য়েংনহৌই নুমদাংহু।
ময়াম হুগী মরাদো চংদে নাকোং চক্রুদা
ব্রাহৈ মরিক অমতা, চেংগৈ লমদম পাংলক্লে।
অচোপ অরেম হৌনবা হৌনদবা থক্কদে।
খুমন মাগী থনবনা মরু ওইবা মথৌ ওই।।
কেগে খারি লমজাওদো বসন্তগী লাইজনা
ইরৈ নাইনা চেল্লম্মি। লম্বী নাকন অনিদা
লাইজ ইনৌ চাইরম্মী। পুম্রি খোংবান খুদিংদা
হুপ্লৌ লেং লেং চংপনে, লাইজ ইনৌ চাবগী
থম্মা থম্বান মখোনকাই। মোইরাং পল্লী, লৈপন্দা,
উগী লৈরি শাংপনে, লবুক-হুপচিং লমদমদা
লবুক লৈরি শিংহুনা, বসন্তগী লৈরাংনা
মোইরাং লমদম নিংথিরি। ইঙ্গুং চেক্কা শিংহুনা
লাইজ থক্কা তাওরম্মি। কনা 'মনা পাইথংলি,

কোংগোইমনা তারকই। ময়াম সংও উবদি
থাদোই করি খল্লুদে। চেক্লা অনি খত্রাংনা
তারগবু উরগা থমোই মৈবু হৌখরে।
নূরা ইন্দ্রি চাওগোইসুং খাম্বি মৈশা কংখরে।
ইসুং চবুক অম্বুদা শিংলকইবা মালংবা
বসন্তগী খোংচৎনা মৈগী মতেং পাংউরে॥
মনাই সেন্নু য়েংহনা—"তয়ুম সেন্নু-ইবেম্মা।
—নহান মুক্তৌ মপোকতা লোয়ুম মাগী কাহদা
নুজা মীয়াইখিবরা? নূরা কলক চাওহনা
অপাম সুংশি কনাগী মরুপ কাদা য়েংলুত্রা?
থংলেন মাগী কাদবু নুজা খুরৌ চেনখরে।
ইকোক পুংগী শন হুদি মীবু চায় হায় ইতারোই।
থংলেন মাদি মতোম্দা, খুমন লৈপাক চংহনা
কুমজা কয়া হোংনৈ হায়—কাওরেন ফাগে হায়গনা।
ঙমদে হায়দো অচানবী! মাঁদি থমখো শল্ অদো,
উচেক পায়বা য়াদে হায়—খুমন কাদা য়ৌত্রিদৈ
নোংয়াই কাদা থূংত্রিদৈ, থংলেন মখোং হামত্রিদৈ,
শয়াং কোয়ককনবু লুপ্রা ওইয়ু তমগ্রত্রা॥
থোইবী অসি হায়গনা কেগে খাম্বি ময়াইদা,
নোংয়াই চবুক লৈথবা তুমদাং থাবল অম্বুদা,
খাদোই সনা খুংচুনা মনাই সেন্নুই ঙক্ক-কোন,
খূমন মাগী খন্দ্না খঙ্গুং নোংখোংবগুম্না
কপই মজা ইবেম্মা! য়াপ্রবোইদা থোইবীদো॥
থোইবী মতৌ উবদা য়াপ্রে সেন্নু অহন্নু,
ইখৈলাংবা সজিনা লৈতোই লমদা ঙাওবগুম
খূমন মাগী কাওগীবা খল্লুহনা চাক্লকই।
মপু মনাই অনিদো নোংয়াই চেংগৈ পাংচাওরোম

থোইনা লৈবা নম্বনমদা খম্বাল মখোং কাইকই।
চেংথৈগ পান্দোন মৌবদা—"সংলেন মাঙ তোম্বুরা
মনাও লাকই হায়রম্বু খইরোইদো নহাক্তি।
থোরেন ছুমথুরবগা নমাও লাকই ইবুংঙো?"
খম্ব খম্ব চংলকপা লাইর হোজং লাক্লিরে,
মাংগোল য়োরে। থোইবীনা খম্ব্ কৌরকই—
"খুমন চম্বুলাইরবী মোরাই চম্বু ইকম্বা।
লাইবকচাওবী নচন্নু লাকচরিনে ইনম্বা!
থোংগী নাক্তে কাংকিয়ু চারু-পৌরোম লংপিয়ু।"
হায়জরুয়ে থাদোইমা। খম্ব্ মানা—"ইবুংঙো।
মনা ওইরমাক্লেনে! অস্তুক থেংনা কম্বিদো।"
—"ওইরমারে ইচেম্মন!" খম্ব্ হৌপংখিরুনা
থোংগী মাতে কাংউরে। লেংশিন্নরে থোইবীগো,
মনাই লেম্বু অহুগা। নোংমাই মচিন মোপ্লা—
"কমিগীলো ইবেম্মা? ইমুং অম্বুক থেংবদা?"
থাদোই মুংচক ফুংজানে মাইথোং অচৌ উবদা
খুমন্ম মানা—"ইবেম্মা। সম্মা কৈদোর'গেনে?"—
"থরাই কংকে ইবুংঙো! লাকচবনি নকাওনা"—
খুমন অচৌ খম্বনা "কম্বিনোনে খংরেগে?"
"খংবিররোই ইবুংঙো। লাইবক থিবা এহাকপু,
ননাইনিদি হায়গুনা নিংশিনদবা মরম্মা।"
থাদোই মবা ত্রাবদা খুমন লাম্বা কংদরে—
"কবিরোনে মাইন। 'হুনা থোইনা খংশিরে।"
মজাইবেম্মা থোইবীনা—"খুমন মীরৈ পুংঅম্বা,
শন-কাবা লেংগনি হায়?" - "মানি চুমই চংবনি।
প্রান্ কংকে হায়বু 'হুরা?"—"মানি অহৌরমক্কি।
শম্ব অহুদি ইবুংঙো। চামা লাকই কাম্ব খং,

লাকুঙমদবা শম্নি-হায় ?"—"চুম্মি মজা ইকেম্না।"—
"করম য়াম্বিরুই ত্রদি ?" "ইশায় শম্মি হান্নবগী।"—
—"করমমনথরে করিম্নো! কানি থাংজিং' রূপানি,
অহয়দি ওইকদা পুবিশয়ো' খবাইসি,
কেগে লৈপাক অলিদা মৈহৌসন্নু হকচাং সি।
হম্ন্ কণ্ডে হায়রগা অনি পুজা পুবিয়ু।
খুমন মীরৈপুংহুদা লাইকক থিবী চৎরগে !!
হায়রে। খম্বনা—"কৈদই। তৌম্নু 'বেম্মা চৎকন্নু।
খুমন মীরৈপুংহুদা কদায় রাইদা লৈকনি।
সিমরুনি কনাদা হায়নু 'বেম্মা চৎকনু।
—"তৌনিনু ইবুংঙো! ননাও নতুং ইজগে।"
—"চৎকনুদা ইবেম্মা! হে নদেদা তৌগনু।"
য়াখিদয়ে খম্বনা।—"চুদি করে ইবুংঙো!
ঐদি হৌজিক শিয়নি, খম্বাই ওইনা ইজগে,
করে কনা হন্নকপা কত্রে 'চুম্মা ইজগে।।
থাদোই মামা য়ুংখিবা, মতৌ অদু উবদা,
খম্বা মান্নু মমখয়ে। থোইবী মতৌ উবদা,
ইম্নিংবনা চোংখদো—সেম্ন মানা খম্বদা
হায়জরকই—"ইবুংঙো! লেঙসম্নু কৈদোগে,
করি থোইনা খোংলোয়োই—ননাই ঐম্ন চৎচগে?"
—"করি য়ানো অচানবী! হৌনদেদা করিম্নো?
করি হাকদা চৎকনি করম হায়না মেনগনি।
অমরোমদা অয়েংঙে।" হায়রে খুমন মহাক্না
য়াখিদয়ে কোয়াইদো মায়কৈ তরা শন্নুনা।।
তাব মথে তারগা খুমন চন্নু লাম্বৈরবী
মহুম্বিরক্ষী-ম্রেংহনা—"নোংয়াই ইচেম য়া-হায়গে।
মনা' ওন্নি লাকপানি ইচেম খম্বাই লুংতাইয়ে।

চংলমম্ব সনাম্ব—ইনমম্ব চংলগে।
শিরে পুন্না শিগনি—সনা ঙসি লাকচুন্না—
ইপুগী ফুংবু-ইন, শান-মমৈ য়াইববু
লাংজেং নতুং ইল্লমি সুংঙাইরেদা ইবেম্মা!
খুমন 'বুংঙো ইচেমম্ব চংলগনি শাজোভোন্।।"
হায়রক্লে খম্বনা। লমজা য়াম্ব তাবদা
তাংজ লৈদ লুকথখি। খুমন মানা খল্লকই—
"পুগে ইচে য়াওর'দি।" খম্বা মবুক লেপ্লকই।
পায়ম-কব-খম্বদো মচেম য়াওনি হায়বদা
"য়াম্না করে" হায়রক্লে—খুমন মানা য়াবদা
হয়াওজরে খম্বগা থোইবী মচন মনিংদো।।
ইন্নুং অথেংবন্নদা লাইর খাংপোক শংম্বদা
জগোই শারে অনিদো, খম্বা মা হয়াওরে।।
হয়াও মখৈ হয়াওরে অম্বই মরক অম্বদা
নুরা সেন্নু মতারোই খুমন মাবু য়েংঙুনা—
"খুমন 'বুংঙো ঐবুদি পুবিরোইদ্রা?" হংলকই।
খুমন মানা "অচানবী! চংকম থোকই নহাকম্ব;
পিথুয়বীনা সেন্বী কা, খোংজ্রাইবীনা য়াজ-কা,
পিথুইসনা হিদায়না, নুরা মাগী তেংজ-কা,
থাংগ নিঙোন কাওদি হাংহৌরনি কমদৌনি?
নুরা নপু মনাইনা চংথোক্ল'দি ইবেম্মা!
পম্থো শংগাই মুংম্বদা পলেমশিংনা থিরক্লো,
নুরা নং'মা লৈরবদি নচা চেপই হায়গুনা
মেনগনিদো নহাক্লা। সুজা নিংঙোন কাম্লা
সনা কাংখন মুংম্বদা লৈরগনে নহাক্লা
লোকপান থোংবু চিকপগী লুপান থোংবু হোইবগী,
থৌগল তৌরি হায়গনি, মংত্রবদি অনিমক,

চৎথোকপদি ফৎলোইগ্রা নূরা করি হায়বগে ?"
তাওজিং হৈরোইনরবা মেল্লে খুমন মপাওথোল ॥
খুমন মরা তাবদা—খম্ব থোইবী অসিস্থু
চুম্মি সেন্নু হায়বিরে। খল্লে সেন্নু মানস্থু,
চুম্মি হায়না রাকমদো। সেগা মাইগা তানরে ॥
সেন্নু মানা 'বুঙোতোন্! সুংশিবগী হায়র'দি
ননাই সেন্নু ঐহাক্না তিঙ্ক্রাক য়াংদে। চোংবগুম,
চোংলবদি শোইদনা পুবিগনি অসিবু,
চৎচররোই সেন্নুদি। শিগদবা লৈরদি,
য়ারোইদনি ঐহাকন্নু মঙ্গোল ওইনি শোইদনা।"
হায়রে রাসি তাবদা "শোইরোইদরা অচানবী ?"
হংবিরক্লে থাদোইনা। "শোইরোই মজা ইবেম্মা,
ঐবু পলেম পঙ্খোনা পোকপা মক্না শেংলবা,
মঙ্গোল ওইয়ু" হায়রক্লে। হায়রক্লগা সেন্নুনা,
থাদোই মপুকনিংঙ্গুদা বোরনিগে নিংবগা,
থাদোই মাগী মাংজৌনৈ সেন্নু মকোক লুকথখি।
খম্ব থোইবী অনিনা খুরম্ন'হু ওকপগুম
সেন্নুদা খম্বা থোইবী, বোর নিরে খুরুম্মে ॥
খম্বা থোইবী অনিনা সেন্নু মরা তাবদা
লুম্মে পুক্নিং থুক্তরে থাদোই জগোই শাখরে ॥
থাদোই ময়াথংদগী সুমদাং অহু মোইরাংদা
হয়েং মঙ্গোলগীদমক বার্তোন তৌরে লাইরবী।
থাদোই পুবনিং লেপ্তুনা হনথি ইন্নুং মমৈদা ॥

৮

ইন্নুংঙাক্তে নোংলেম্লে, নূরা মজা ইবেম্মা,
সেন্নু মপু মনাইস্নু থৌরাং পুম্বা লোইরক্লে।

পন্থৌ মপা ইবুংঙোগী থৌপাল লাংগন থাখরে।
'লোকা এঙম চায়'-কৌবা মোইরাং নিংথৌ মপুগী,
হিনা হিরায় থংহনা হি চনিবা খাবক-লাক,
খামেন চংপ কিরাম্না মকম চানা থেংখরে ॥
কেগে লোক্লাক মায়কৈদা হিগী থৌরাং নিংখিরে।
কেগে থোক্রা খোল্লাংবৈ কংলা উক্রা সংলাংমৈ,
কেগে চৈরাপ চোন-মখৈ মোইরাং মীয়াম তিন্নখরে।
থোংলেন মাদ-মঙাইরে ৱাংলিবদি চৈরাপ্তা।
ঙরাং সুমদাং চাওবনা কুম্মকপদা চৈরাপ্তে,
লোইনা রারম তম্মগে থোংলেন হরাওরবনি।
ইনুং ঙাবকাংত্রিঙৈদে নিংথৌ সনা য়াথং ওই,
দোলাই পাবশিংঙনা য়ৌরি পাওসি থোংলেন্দা
শাক্কী লানকী খাওম, থৌরাং লোইরে অথৌবা
লোমদা লাইর খাংপোকশং খম্, খম্বা অনিস্থু
থৌরাং পুম্নমোই লোইরবা নিংশিংলক্লে হুদদা।—
"ইচু নিংথৌ ইবুংঙো! ঙরাং মখৈ লাংবনা
অহল লৈত' হৌনবা কাওথোকউরে ইচেম্মা।
ধর্ম্ম কর্ম্ম লৈ'খিবিক ফান-পুন্ন-য়াই-পুম্বা,
লৈরিবনি ইপাদা। শনগী মচি থৈনবা,
থাংবু তাবু চংদবা ৱাংতরবা পন্থৌনি।
খুমন 'বুংঙো থিনফদে—চংলো নোংয়াই।" হায়রক্লে।
মচেম মরা তাবদা থিন্দে নোংয়াই চংখরে।
থোংলেন মানা খংলমই—"খুমন ইচা লাকখিনি।"
হুগী খম্বা মহাকপু থোংলেন ঙাই'না লৈরম্মি।
খম্ব মানা থুংবদা চিম্মান কাংমৈ খুরম্মি,
কার-মাবু সংহনা ইপং-পংজিনহন্না ॥
খরল-খরে খম্বদা হুগৈ থোংলেন—"কনানো?"

"ইপাই-বুংঙো ঐহাক্তি,—খুমন "বুঙো শাজৌনা ?—:
মানি ইপা ইবুংঙো,—ইচায় মনক উমবি
অয়ুত ওইবা পোকপা। কৈমো তক্লিং তক্লিংবা
ইপায় মাঙ-লাকপদি, কল্লিগুম্বা হায়দ্রিংবা ?
হায়ু ঙসি ইপাগী লংকৈ চংকৈ তৌরম্মি।"
খুমন মচা নিপামা—"হংখংনিংবা লৈহ্না;
করি লমদা ঙসিবু লেংবিগদৌরিবনো ?
হংজক্লে মপাদা। "খুমন লৈপাক লেংগনি,
মতাও খুমন নিংথৌবু উম্নগদি হায়রি হায়,
মপু মোইরাং নিংথৌদো; চংতবদি য়াদবে,
চংপা তারি ইপাগী তনবু তনথ্রে ইপাদি॥—
মংবু য়ুম শিন্নরমগে নিংঙমইন্দো ইপানা।
নংনা লাকপা অসিদি হুংঙাইরেদা ইপাদে!!"
হায়বিরক্লে খোংলেম্না খুমন মচা নিপাদা।
খুমন মানা—"পম্ভোবু ঐস্ বচগদৌরি,
ঐগী হাক্তক ভগীনি।" হায়জক্লে খম্বনা॥
"করিগীনো ইবুংঙো তাবু তাক্রি ইপাদে।"
থোংয়াই মানা—"পম্ভোবু! অঙোম নোংবান ইতাওবা,
মাইবী চংই, মাহুদা থাংজিং লাইনা হাযক্লে-হায়,—
'ইকোপ-ভগী শন-চাগে! হুদা ননাই ঐহাক্লা,
শম-সি ঐনা কাজগে ইপা ইমা লোইরম্বা
কাওরেন অহু ওইরবদি হায়জক্লে হুগীনি"
খোংলেনবনা—"শাজৌতোন! মুংঙাইরেদা ইবুংঙো।,
হগা ইপায় ইবুংঙো। হনক শন কাবসিবু
লৈপাক্লা শক্তি ওইবা ইচাবু কাও হায়বনা;
কনবা শন মকানো?" হংবিরক্লে; খম্বনা—
"ঐনা থিজরকপনি। কাওয়েন্দুনা ঐখোইবু

কোন্নশি হায়, অহৃদা ওমজ্রে শিরে শিগ্রগে,
ওশে কাওরেন পুন্নকে সিংঙে পম্মৌ ঐহাক্না
দত্তি মওে থ্রেমমনি।" থোংলেন পেন্নি মবুক্তা—
"ফাদনকো সুংঙাইরে। নংদি কয়া কঞ্জরে?"
হংবিরকই থোংলেন্না। খুমন মানা—"কঞ্জদে"
খুমমী থোংলেন মপাদা—"হৃদি করম ফাগনি?"
'—ইপাংগ-া ন চদে ঐনা শন ইম্মরগা
ইপা' হিরি কোনবিনি। পম্মৌ লৈরি হায়বগী;
য়াক্লবনি খম্বনা কাংরেল ফাগে হায়দুনা।"
হায়জে খম্বা। থোংলেন্না তাবদা পেঞ্জখরে।—
"ইপা লৈরি চাম-ফাও" - হায়বিরক্লে মপাস্থ
মপায় য়াথং ফংবদা লমজা খম্বা হরাওই।
খুমন-মচা য়েংহনা—"খুমন ইবুংঙো শাজৌ!
লেস্কাররা করম তে বা শক্ষামনদি তোম্পোক?"
থোংলেন মপানা হংবি, ইকাইদুনা খুমজত্রে।
"খুম্মু ইপায় ইবুংঙো পিয়োই হায়ত্রা নিংথৌনা।"
হংই থোংলেন মমহুনা খুমন মানা ইকাইজে
"ইপাইবুংঙো মাহুদি শনা লুপা থোক্তরে।
কৈনা ওইনা পিনি হায।" খুম্মে ইকাই ইকাইনা।
পেংন হংই থোংলেন্দো—"পারি ইবুংঙো করি?
কয়ুমগীনো কৈনাদে উক্লংপুরেন মযুম্না,
পংচ হনবম, ইবুংশি, মন্ত্রি মযুম,লা শাজৌ?"
খুমন থোইনা ইকাইরে—"পান্নিবসিগী ঈ-নি।"
হায়স্বরকই খম্বনা। থোংলেন মপা 'থৌবনা
"শাজৌ। কনানা পোকপা, তক্ষা লিক্লু য়াইফবী,
য়োইবু লৈত্রেন লমওংলৈ, থোইবী তক্ষা বাংঙমোন,
'মজা পোকপী থাদোইবো?"—"পম্মৌ ইবুংঙো মানি।"

"শক্কা মনগী পিব্বা—শাজোকো ?"—"ইগাই খুংঙো।"
"হাঃ হাঃ (থোংলেন নোকথোকই) কৌনা থাবন, ইবুংঙি,
চুঙববু নংত্তবা! সনাও অমা কাবগী
লৈম-সিজ থাগুম্বা কংলবদি ইবুংঙো!
লোইরে কারো শাজোবা! খুমিং থাবু পম্বনি।
শন কানি ইপা লৈ; বাশকুনা চংখিবা
কাওরেন মানি অমুদোন! মানা চংখি' চুক্কিংতা;
তাক্লমইদো ইপাদা।" মিংতা পিবু তাররে
থোংলেম্নবদি মপাদো। খুমন মাবু য়েংহুনা—
"ইপাইবুংঙো তোলেম্ভোন। ঙসি ইপায় মংজাক্লাল
নমা ইচন-ইতাওগা অনিমক্তা লাকুনা
"ইবুং থোংলেন ইচাগী কৈরাক থাগে' হায়হুনা
ইচন ইতাও অনিগা তাইবংগুম্না তানৈদো।
সন-চু নংবু উরগা তেজগনি মরাইনা।"
"ইপাইবুংঙো 'চুমকপু, কান-পুম্ন মাইচুদি
পিবিয়ুকো পখৌবু! কাওরম্বম্চু য়ারেদো
কাওরেন মানা ঐথোইবু মন্ত্র মখৈ' পিবিয়ু।"
হায়রে মপা থোংলেম্না' পম্লো মানা—"ইবুংঙো!
মন্ত্র অত্তে নংত্তেদা, তাও! কাওগম্বুকো বারিসে,
'ঙারা পুংদোংবা—'পানা 'লাংজুবী' কৌবী 'মাদা,
'ইঙ্গুং থক্লকুপা' কৌবনি মরাপ্রা অমনে;
মচেম 'থোংনাং থরকপী' কৈই পারি ইবুংঙো!
অহুম অসি পোকপানি। থংখরে মরামসে।
মচেম অহু হোজিকসু থোক্ত নুংবু ওন্দুনা
চোথে পুংগী নমোক্পা লৈরিবনি ইবুংঙো!
কাওগী মশক উবদা মাসি পল্ল, হায়না।
মানা লাকচররুবা মতমহুদা—'নংগীনা

"পাখি 'বুংঙো চুম্মিহো। সহুং মাখা নোংশাবু,
শাক্তোই-ওকা যাত্রানদি। চুপ্নি, চুমিং কুম্বদা
নংনা যাত্রা তৌকউ। থংঙো পুংদি অমদা,
শন-কাও-অহুম তাবদা।" মসি হায়রা থোক্লেরা
তাকপিক্কে চেল্লদা। "থোংগী লম্বী য়োম্বদি
ওসি য়েংবা ওমচরোই, হিগী লম্বা করদি।"
তাকপিক্কে 'সিমন্থ। খম্বা মানা "ঐগীদি
বাকৈয়ে 'ম মক নৈজদে।" হায়জরকই মপাদা।
"পাখি 'বুংঙো ইপাগী চাকহি অহুম লৈখিবা,
মোইরাং চাংলৌ হিদেন্দা নংনা পাম্বা খজখো।"
—"ইপাইবুংঙো মোইরাংগী থুদেং ফাওবা নৈতরে,
লোইবা থোম্মগ্রে কংঙরোই!"—"করি বাকো ইবুংঙো।
ইপায় হিবু মোইরাংনা ঐবু তাকত' পুর'দি
লোইরোইদবো ইপানা। অনি পুখরবস্থ
অমা শোইরোই লৈগনি। নংগী ওইবা নররাই
পুক্শ হায়রা লৈবনি খুমন নংগী মহীশ্থ!"
"ইপাইবুংঙো নৈজদে, ঐগীদদি বাকৈরেদি,
ঐনা খংত্রবনরা শোকপদগী উমরি।
খুমন ইচেম মহাক্লা খংঙম লাক্লমগদরা।"
হায়জরকই খম্বনা। "চুপ্পি নোংয়াই উররোই।
মপান হুংলেং খাংলৌতাক, অনি ছগী চৈরকতা,
মচেলবনি নপানা, কুমজা য়ায়বজিনা
মুপগ্রবনি ইবুংঙো। নপানা হি থবমই।
চুম্না লোয়রক পুংফুনা থিলু য়েংউ, কৌথোকপী—
'শহুইগীদি বাকৈরেও লোংলগাহু থোরকও
নপাদি খবা লাকগে।' কৌকৌ পাখি শদোকপা!
কংশিন্দবা হি অরবা।" তাকপিরকই থোক্লেরা।

মপায় বাহু তাবদা– 'পম্বৌ ! নৌম্বু লৈজদে,"
হায়জরুরে 'ছুমন্থ। থোংলেন মানা—"ইবুংঙো!
ইচাই করি বাংপগে, পম্বৌ মাগী মথুংঙ্গ,
নৌম্নেল ছুবু লৈবনি। নপায় কমথক অহুদা
লোনশিন্নুনা থনম্ই।"— "কৈদে ইপা ইবুংঙো।
লৈরম্বরোই নৌম্বুদি য়ুম্দি মনা শিনখরে।"
"কদাইদগী ইবুংঙো ! নংগী নৌম্নেন সিদিনে,
মৈদা থারে চাক্কবা অহুঙুম্বা নৌনিদো।
নীনা উরোই নংদনা উনি নপোং ওইবগী।
থিক্ক শোইরোই ফংগনি। নৌম্বু ফংলবদিনে,
খংউ—হি ফংলে হায়না। চংলম্লগে ইপাদি,
ঙাইরম্লনি নিংথৌনা।" হায়রমহুনা থোংলেনদো,
য়োংগ্রে সনা কোম্নুংদা খুমন মাস্থ হল্লক্লে।

৯

মোইরাং কোম্থোং খুদিংদা পূজা পোলম থাম্লক্লে।
থোট পূজা হোৌখরে ধূপ-থাংমৈন্ন থাম্লক্লে॥
লক্ষ্ চু-বু য়ুংখরে—কেগে মুপী মথৈনা
অঙাং অহল হৌছুনা মপুই মক্লোল তৌখরে॥
য়ুবরাজ লেংলক্লে নিংথৌ যাত্রা তৌ রক্লে।
পুং-সেন যন্ত্র য়ৈরক্লে বাঁশী বীণা খোংখরে।
সেক্পীন মথোন খনখরে– মোইরাং ময়াম তিনখরে।
কেগে থাংজিং খুম্নমে মায়-অরাং পাংখংখরে।
লোক্তাক হংঙৌ হোৌরক্লে। খোংজিন হিথাং কমহুনা
মোইরাং পুমতিন তিনখরে। লৈপাক কুমৈ ওইরকই,
লৈপাক কীওৌ কোৌরকই কেগে খোংজিন অহুনা।
করাং-থেনগী খোন-মাদা, তরাম ঙাক্লা মুনশুন

মপু মোইরাং নিংথৌনা চিনবান ভিঙাং তঙাংনা
লেংখক্লে হি হুদা ইমুং থাংমৈ ওইহুনা ॥
ইরাই লৈমনচিংবা ইরিক লৈমা ইশিং লাই,
ইচৌ- নিংথৌ পুম্নমক থারে খয়োম চবানবু।
চাইরেন রাংনু সুগুনু থাংগ করাং ময়াম্না
রাকয়ে মাবু হোল্লক্লে নৌরেন খুংজা পায়হুনা।
মীশিং লাকপা ঙম্নক্তে। লোক্তাকপাং-কোংগোন-তাওবী,
তাকমু-তাকহল অনিনা লেৈম্লে মাবু চান-পুং,
সরেং পুহান অথৌবা লাইজ মাবু ইওজম;
খম্ব-থোংদি অকংথোং কেগে-হাওসম-তরুথোং,
লমদম সুম্না য়োখ্রে। কেগে খোয়ি-তাকতুম্নু,
য়োপ্রে, মোইরাং নোংগাংথোং—কেগে ইসেল্লাই সেল্লাই-
ইরাইকোন রাইকোন-লম্নুংশি, য়োপ্রে মোইরাং তম্না।
কেগে হুইবী তাক, মোইরাং নাওরেং কোন নিংন-পাংপু
নাওসেক কোন তন্না য়ৌরে, লেম্তাক ইয়াই থাইখরে॥
তাকমু ইথিংকোন, খুয়োম ঙৌবী সোই তম্না য়োরে॥
ঙানা মংনা খোংন চং লমদম মাগী কোলোইবু
থমংথোংদি—থমও পাং য়োরে লমদম অহম্নু॥
ঙাখা পাংতি কোংদিংসোয়, ঙাক্রা পাংনু পুয়োক-কোন,
য়োপ্রে মোইরাং ময়ামদো। চিংলক 'চৌবা য়েংওইদৈ।
মমাই অরাং পাংখরে - শিব-দুর্গা অনিনা;
ঙা-বু লম-বু তম্নশি, লয়েন ঙারন কৌনখি।
ঙারম্ জমাং অচনবা, খোংজোম্বগী য়ৈন পুং
লমদম মাবু য়োখরে॥ তথেন সুরান মহাদি
লাইরবগী থাংহৌবু, থাংগ চিংগী চিংখোংদা
তারে। হুদৈ অমুকা থাংহ থাংগ-চিংখত্তা
জাগ্রে মরমসিদগী—থাংনা কাথি হায়বগী,

পোইরৈ তানা খিবদা খাংকা চিংবু কৌখরে,
চিং অসিগী কোলোইদু ॥ চিংগী মিংথোন অমমা—
খুমন থরাম মহা-বু লাইরেবদি মহাক্নী,
মচিঙ নিদো চিং অসে। কোলোই 'থাংগ চিংজেনবী
নিংথৌবনা' লৈহৌই, থরাম নহা চুদবী।
চিং অসিগী মমন্দি - শা'কংবা পরেং অমা,
কৌ সংমাই অম থরে, ইরোই শম্বী অমগা,
মারেং 'হনবা খাংলম্মি, লোঙ,-লোংশা মাপন কাংখা
অমগা অসি পিখি। সিগী মখিং লৌহুনা,
'খুমন থরাম মহাদি লাইরবগী মচিঙরোম,
শাগং পরেং চিঙ, লোইচু কৌরুক চিঙ, মপান
লুহুম মারেং থাং থহেলো চিঙ, লোংশা মাপন-দি
থোংবন-চিঙ কৌনৈদো লমলেন্দি থাংগ চিঙহুবু ॥
খাংলেন লু চং শোইবু মেইরাং য়েংওইনখরে।
লাংজবী'সোই লানখরে -করাং চিঙ য়েংওখজরে ॥
হৈঙাং কোজিন পায়খরে। চকোইবুং য়াথবি য়োরে।
হৈওম য়াংবী য়োহুনা কেপে হি চু থাংউরে।
থোংনা লৈপাক কাররে মমাই নোংপোক পাংখরে ॥
খুজাক পাং ল য়ুকুনা খুমন সতি থোংনাংবী,
লোংপী লুচুম-লৈনম-থোং—নাবা কোংঙৌ পুমনা থোং
হাওতিংনা-তিংমা-কৌরী পঙন থোং, নোংমাই মচন
অউন-থোং, মোইরাং খয়াম, খুমন সজেন-থোং য়োজে।
চুরেন বাংমা অমরোম খুমন নিংথৌ মহাক্না
খুমন প্রজা মখেপা, অঙম অথৌ মখেপা,
শামু তাইবোং হাপ্পুনা মোইরাং নিংথৌ নতাবনু,
অরাম চাক তায়কওয়া লৈজরপি তাঙ্কুনা
মনাও মপক উবদা—"লেৎখিরক্কি ইত্তাবনু।

চিংনবিমু ইতাওনা সনা পুক্নিং অহুদা !"
খুমন নিংথৌ কৌরকই। খুমন মোইরাং লৈপাক্না
নিংথৌ অনি তৌনবা মুংশিনবা উবদা
পেন্নৈ মুংঙাই পুক্নিংদা ॥ "খুমন প্রজা অঙবা
মগু মোইরাং নিংথৌগী ; মোইরাং প্রজা অঙবা
খুমন নিংথৌ মপুগী সুম্না থৌগল তৌনসি।
কাইনব্দে ভক্তিস্নু" হায়না মহৈ মহৈবু
বারক্লখি ময়ামদো মতোম মতোম অহুমা ॥
খুমন মোইরাং অনিসি রাংম- রাংম অসুম্না
রাংলেম পুংখাই অমরোম লৈনরকই থেন্নুনা।
মোইরাং নিংথৌ মপুবু, নোংমাই মচা খম্ববু
য়েংনিং উনিংবদগী কোরৌ মতাং অসিদা,
খুমন ভুরেন মপান্দা তিল্লকপা মীয়াম হুদি,
মুপী নিপা হয়্বা পাখং লৈশাবীদগী
খুমন পুম্পুন পুমথরে য়ুমদা মী লৈহৌদরে।
খুমন লৈপাক হায়বদো লৈতে হয়াম চিহ্নিংনু,
হুই হৌদোংগীদমক্তা ময়ুম থোংবু লোম্লরে।
লোইবী লোকচন অখুবা লোইরেল অচপ্প লমদা,
থৌবোম মপান শাংপঙম খুমম মীয়াম অহূনা,
নমুক তোইনা তৌখরে। সেংলক চারকপঙ্মা,
কীজোন মখম মখয়া কোয়ৌ নোংনা মংবদা,
হমদাং মাইগী মতমদা থাগী মশেক্তা,
থোক্লকপঙ্গ্র মচুগী মখল মখা কয়ামা,
নিংথিজবা থেংলক্লে খুমন মীয়াম অহূনা ॥
তয়া লৈবা তয়া থোক মঙা লৈবা মঙা থোক,
মীয়াম অহু উবদা মোইরাং মাঙ্গী মীশিংনা
মীমদবু উরগা মোইরাং নিংথৌ চিংনরে,

মপু মাগী মবুক্তা॥ খুমন নিংথৌ মতাওনা –
"লেংবিরম্লি ইতাওবু" কৌরকপদা, কেগেগী
মপুইবুংঙো নিংথৌদো—"লাকচরমি ইতাওবু !
লৈপাক প্রজা অসিগী চাবা থকপা ঙাইহাক্নুং,
লমদম শাংনা লাকপগী অৱা পংথোকচনবা,
ঙাইজবনি।" অম্মুদা প্রজা পেন্নবগীওই,
খুম্বি খমন মতাওদা॥ উরে খুমন নিংথৌনা
মোইরাং মবুকনিংহুদা চিংনরিবা মতৌদো।
খুমন লমজা খম্বস্থু থুংঙদবা' দুগীস্থু,
কৈনো হায়বা অমগা চিংনরকই পুক্লিংদা॥
খুমন নিংথৌ লাওরকই—"ইতাও 'বুংঙো লেংঙকই,
ঐনা লাংজরম্মিবা খুমন ঐগী থোঙ'সে
ইতাও' প্রজা ময়াম্না চংপিবদা য়াগত্রা।
মিথয়েং তামিন্নসিনে।" হায়রে। সয়াং থক্তগী
চোংথরকই, -"হন্দোকউ খুমন প্রজা অপুম্বা,
নিংথৌ ইথন ওকচগে।" হায়না প্রজা তাম্থোকই।
খুমন লৈপাক লাঙংকপা ঙকং লাওবা থবমিদো,
মোইরাং নিংথৌ তাবদা থোইনা হেন্না চিংনরে—
"থোংলেন ! কৈনো লাংইনা" হংরিরক্নে থোংলেন্দা।
খুমন নিংথৌ মতাওনা মোইরাং পুক্লিং উহ্না—
"ইতাও 'বুংঙো লেঙঙকউ, ইতাও' খুদোংথিবদা
ঐমা নমাং থাগনি, ধর্ম্ম সাক্ষী ওইসনু।"
য়াশকলকই নিংথৌনা। থোংলেন মানা য়েংলকই।
থ্যান তৌহনা খুনকতু কায়বা লৈত্তে হায়বা—উই।
"করি কায়মোই লেংবিয়ু।" হংগংচরে থোংলেন্না।
মোইরাং নিংথৌ লেংংক্নে। নিংথৌ থোংলেন অনিনা
খুমন লম্তা য়েথরে নিংথৌ অনি কাথরে;

মোইরাং খোংলেন অথৌবা শামু খায় থমখরে।
মোইরাং প্রজা লাক্লুনা শমু নাক্তা থুংঙরে।
খুমন-মোইরাং প্রজানা শমু নাক্তা চপ্তুনা,
শামু য়াইদা থংহনা প্রজা থাইবোক চংলকই।
পুংনে পেমনে বাঁশীনে, কংশী কর্তাল য়াওরকই।
কাংহৈ চামোর থৌগন্নে খুমন, মোইরাং নিংথৌনা
লৈপাক অনি প্রজাগা শমু থক্তা লেংঙকপা
নিংথিবগী থেংলক্লে পুংশিং নাকোই শিংলক্লে।
নাওঙ্থ খোংদি আপন সোই লৈপাক অনি তিনখরে,
সগাই সগাই কানরে লৈপাক অনি মায়োক্লে॥
খুমন মমাই নোংপোকতা মোইরাং' নোংচুপ ওন্নকই।
স্নুক্লা মুবা অহিংগুম য়েংউবদা লুমখরে।
থাংগী তাগী মতোন্না ইনুং তন্দন ওইখরে।
কবাক থাংদি থাংশাংনা লংবা, নোংথাং ওইরক্লে।
খুমন মাগী অথোইবী মহারাণী, মচাগা
হয়াইমুদি কৌবিদো; চেংলৈ থাজ ঙমজবী,
নুজা মখৈ চংহনা মোইরাং নিংথৌ মতাওদা,
খুমন-মানা পোং লানখ্রে। খুমন চনু হয়াইমু
মমোম শকপী অহগী পোংলান পোংছু লৌবিরে।
মোইরাং নিংথৌ মপুনা কৈরা থক্তা পমখরে,
থাজ মাইথোং চুপখরে হয়াওজনা নুংশিনা॥
মোইরাং নিংথৌ মপুদা "ইকাইদেদা করিনো.
মচা শকথিবী সিবু চুপচ শাইদা!" হায়হনা
লংনখিদো, নিংথৌদি খুমন মতাও অহনা॥
লৈপাক অনি পেন্নজে নিংথৌ অনি উহনা,
কেগে খুমন অনিনা নুংঙাইনরে সগাইদা॥

১০

নোংয়াই-চথা-লৈগুম্বা, চথা-মোইদোন লৈগুম্বা,
মোইদোন-চোমকাং-লৈগুম্বা, হইক-কবাক-লৈগুম্বা।
কবাক্ নাংখোক্ম্বা খুমন মাগী মপাওনে ;
লৌশী কদাল লৈগুম্বী লাওম-পাবী-ইবেম্মা,
লৈগুম নোবী থাদোইগী মুবা মপাও অহনে,
নোংয়াই-চক্নু পোক্লেপী—খুমন-সংলেন-নাচোম্বী,
নিংথম-চংবি-লা-য়াক-থায়, উন কপ্পবী হৈগুবী,
লাইরবীগী মপাওনে ,রাকয়ৈ হিরম কায়ন্দা,
খোংদিং পাংলোই নাইকদা ইজয়কই, মাশিদা।।
মচনদি অমতা ইরকপচু অমতা,
অকোল অহান নাইবদি হৌনবগী ইজরি।—
মোইরাং লৈপাক, নিংথৌনে কেগে লোত্তাক নাম্বা
মতুং-হুদা খুমনা নিংথম শমজিন শেংথরে।
অচা চাদ য়েংজরে, চারে করে হায়দনা
থম্মে কীয়োন অহুমা লোথোক্লুনা নিংখিনা,
মনজুনবা কিয়োনদো হোংলে লম্বী চৎপগী ।।
খুমন ! মচেম য়েংলুনা—"মতম ওইরে চৎলসি
পম্বৌ নোংয়েন মথুং-সু শিক্লবগে ইচেম্মন !—
খুমন শাজৌ শিকরো।"—হাক্লনলুনা মচেমগা;
নৌচু থিগে হায়দুনা কাখংথরে খম্বদো,
পম্বৌ সগাই কম-থক্লা লাইর থাংপোক শংলুপী।।
নোংয়েন মখোক অচুদা সনাতনা য়োম্বগা,
নেংগী খুৎপাই-কমচুবু, থাংজুপা থাংজেন্সা
লোংবা মরুজুপা মুকনী ইকোক আকপা,
ইলং লংনা ঊবকই। "খুমন নংবু-ইদা লৈ,
কুরি চিংনকবগে!" থাকই হায়দে হায়বদা।

খুম্নী-মমাক উবদা খুমন মণি তারকই।
"ইপাই'বুংঙো য়াহৌরো!" হায়জকরে খম্বনা।
"ইপা মাংবু থাবিগে বাকয়ৈ মাব থিরুসি।"
হায়রবোইনা তাখরে। অপনবদি লৈতানা,
নোংমাইবা নাইরেল অহু চিংংরে। নোংয়াই মচেম লাইরবী!
ওক্রে মৈপ্রাই খুংতগী নৌহু খয়ু মহাক্না।
"পখৌ ঙসি কোরৌদা খোয়েন মিকপ থোক্লেদো।"
খজহনা খম্বনা চৈরে ভৱা থাহনা
থয়ে নোরেন অহুবু, পুজা তৌরে খম্বনা।
খুমন মচিন মৌপ্ৰ। খুরমখরে অনিমক
পুজা লোইরহনা খম্বা নৌহু পায়রহনা,
মাংলৌ পাংকা, মপানগী নুংজেং তাইনবা,
লৌ পরি অনিপাক্না অনি শাংনা লৈরিবা,
কুম'হু কারে য়েংলকই - খুমন নোরেল অহনা
শিরহনা হিহুবু, খংখিদরে বাকয়ৈদো॥
খুমন মমা-হান্নবা কৌহৌদরে অহনা
কংগ্ৰবনি হি-অহু হিদি মোইরাং লাইফুমদা
লৈপ্রি চাকতারহনা॥ কংগ্রবদা খগ্দি -
"ইপা খোংলেন মহাকী ব'কয়ৈ অহু পুরগে।"
হায়না অহম চংলক্লে, বাংলৌ মিংসেন পন হুন্দা॥
পলেম পখৌ অনিনা খুমন মচাই মতোদো,
উরে লাইরবাকগী—"কয়ো মাংঙে থোকখরে;
কংতোইদে রে হি'সিদি কাওরবোইরে ইচাদে।
মপা খোংলেন ইতাওনা তাকপা হিগী মরোন্দে!
থাংজিং চিংলু কোকতগী য়ানবা তাকয়ৈ ইথুদেৎ!
তোংলোং য়েংলম হিওদা।" হায়রহনা কৌক্লে,
পুরেম' ঙাংখইরমদা কোরে' নোংথোং হাংহনা।

হি-দু তারে কৌবদো। "হী! ঐবু থিল্লিবোইরে!"
হায়না মাগী য়াহিপ-কম অহু তাম্না হি-হুনা,
লাইজ ইরোন নুংঙদা, জং জং লাওনা চৎলরে।
খুমন মাসু—"হি-হুবু কেগে কনাগুম্বনা
হিনা মথি কোংবদা থেংনহুনা লৌথ্রব্রা,
খায়দোক্নুনা লোইথ্রব্রা।" লৈরি, খল্লি চৎনুনা॥
হজিলক্লে হিহুদি। নিংঙমদানা লমজাসু
অমুক্তদি য়েংখিগে খল্লহুনা হজিল্লে।
হিনা হজিল্লকপদা হিরম কোঙ্গোন কাবত্রু,
খম্বা লৈনা য়েংবদা উরে কোঙ্গোন পরেং দো,
"ঙাপি ঙারেল লাকপরা কোঙ্গোন শাংনা কায়।
য়েংহুম য়েংগে।" হায়হুনা, কোঙ্গোন'দুগী মাংওইনা,
লাইজ ইরোন-নুংঙ্গদা য়েংলে মখুং থিল্লরে।
হিনাও কাওদোন অহে বা খুমন খুৎনা থেংনরে।
"লাইরা? মনা লাংরেদা।" খল্লি শাজো মহাক্না
"লাইদি হাংলগা কৈ হায়, লাইচু তিঙ্গু তৌদে হায়;
নখয়াংত্তা পায়হুনা চিংখংলগে।" খন্নুনা,
খম্বা মখুং অহুনা লাইগী খয়াং থিরকই।
অন্নুম কোয়না মাবদা হিগী মঙং থেংনরে।
নোংম্লাই মবুক হবাওরে—"ইপাইবুংঙো খাংগনু
ইপাই খোংগুল লীরকই নচা খুমন ঐহাক্কি।"
হায়না মপাং মেন্দুনা ব্লাকয়ে মাবু চিংখৎলে।
হিহু য়েংলকপ্দা কজবগা কিবগা
তিল্লী গুণহু অনিনা। "কিব-চুমদে ইপানি।"
খুমন মবুক ফাহুনা শেংদোকচরে হি অহু।
তোগী থৌরী ভাম্ননা হিহু থাংঙে চেকথান্না।
কুমদি হাওদি পকইবা ব্লাকয়ে মাবু খিবদা,

খূমন মশা শেংদোক্লে ; খম্বা অহুম্ ঙাইরক্লে ।
মজাইবেম্না থোইবীগা নোংমাই মচেম খম্ভ়গা ॥
ছপচিং নাতৈ ফবদা খূমন মদোম্ পোথারি ।
লমতা থাগী নিংথিবা বসন্তগা ওইবনে ।
খভু নিংথৌ মঙাম্না তাইবং পুক্লিং ছরকই ।
হানৌ নেম্নেম কাবনা মালং ইপোম হৌরকই ।
চেক্লা চাগী মথৈনা শাবাং লেংফাংনহুনা,
কোয়ৌ থক্তা পাইরকপা মালেম থক্তা ত রিবা,
খূন্দোল লক্মাং অহুদা নোয়ন-হাইনা কোয়রিবা,
'নৌবা নাপী লকতুদা হরাওরিবা সুংঙাইবা,
'নৌবা খবু অসিগী শিংঙেল লৈরিক চানবা,
খম্বা মাগী মমিংতা মতমহুগা চুরুরে ।
সুংঙাইরকপা মতমগী ইংখংলকপা মতাংদা,
মথোন কারকপ-মক্তা মথোন মথোন ওইকুরে ।
বাকয়ৈ অম্ব ফংবগা পুক্লিং 'হুগা সুংঙাইরে ।
লমদম মতা অহনা কোয়ৌ ইচিক হুনবনে ।
মচেম, মথং অনিবু ঙাইরকপগী খনবনে ।
নোংমাই মবুক অহুবু থাদোই কাদা চুকুরে ।।
লাইর-থাংপোকসং লোমদা—থাদোই মাম্ব থুংখয়ে ।
থাদোইসনা য়াথংদো ;—"লোইরব রা ইনমা ?"
হংজকরে খম্ভ়দা । "করি রানো ইবেম্মা ।
অম্বক থেংনা লেংঙকপা । পুংফম শোইনি হায়হুনা,
অরুবদি ওইবগী চংশ্লে ইহু নিংথৌদি ।
সনা য়াওব্রে হায়হুনা লৈহৌয়েদো ঐহাকস্থ ।
তোকএদনা চংতরে ।" হায়রেদো খম্ভ়না ।
থোইবী মাগী মতৌদো য়েংনিংহুনা লাইরবী ॥
থাদোই মানা—"ইনমা । অওইবয়া চংশ্রব্রা ?"

লাইরবীনা "ইবেম্মা! চংখয়েনে সনাহল!"
ভৌক্লরেদো, কাগিদো, মমা ওইবী প্রেম'গুমে
চায়জবা মুংশিবা পূকচেন মখল কয়ানা॥
খুমন মাগী প্রেম্নদি—মমাই চোনবা শাক্রদো
লাইজ নিক নিক লাওরবা খিত্ত শোকপ'য়াদবা
লাইজ অহু পাববা—থাদোই থমোই পাক্রদি
ইমাই চোন্না লৈবনা পূক্লিং কাইবা য়াখিদা;
খম্ব্ মন্না ভাবদা—"য়াম্না কয়ে ইনমা।"
হায়রম্লগা থোইবীনা, ৱাখল অতে ভৌখিদে;
থাংলেন মাগী ময়াদা শম্না 'মভং ভাবদা,
শম্নাং মদোম তুপচবা, নুরা ছোম্নী মখুৎমু,
শাগোন্নবী থাদোইগী নাকন্দগী থাং অদো;
থগ্বান মানবী মখুৎনা মজাই'বেম্মা সংখদে।
"ইথংলেম্না লাইরবী কায়দবী মপোকনী,
হিংউহুনা কাঃদে, চেক্লা ওইনা থবাইনা
খুবম মীরৈপুংহুদা মোংয়াই ইকোপ লমদমদা,
কাওরেন সন্ন্ কাবদা মাল হৈনা ইনগ্রগে,
মুজা মপোক ওইবনা অন্নুম চংপদি ওম্মোই।"
খনগ্রহুনা থোইবীনা মূয়া সোরি অহুনা
থমোই লায়ুম খায়রগে থিম্বৃয়ক্লে সোয়ীদো
লৈয়াং থজিন তমহুনা॥ পাখংখয়ে লাইরবী—
"মাঙেও মজা ইবেম্মা" হায়রুরগা খম্ব্না
থাদোই মাগী সোয়ীদো চোংসিন্দুনা মুন্দী
কায়ে লাইর খুংহুনা। য়ুমে ভমা সোয়ীদো॥
থাদোই মতৌ উবদা লাইরবীদি খম্ব্দো,
অতে খনকম থোকখিদে মুংশিবনা থোইবীবু
খয় মিংভা পিবু-তায়। মুংশিম্রেদা থোইবীবু॥

থাদ্রি ওখোক' মুংশিনা, সেনি মাইনি হায়নরে।—
"করিনোনে ইবেম্মা' নমা ক্ষাগি তৌবনি
কিংমনখরে সনাহন!" –"হায়মা করি রানোদা
নহ নিংথৌ কা-দবু" মুম্না খুমজে থোইবীনা॥
লাইরবীদি মখুংনা মহনিংথৌ খম্বগী
নিংখিজনা য়োমসিল্লে নিংথম শমজিন অপুম্বা।
মজাইবেম্মা য়েংহনা—"কিংখিগনু ইবেম্মা!
চংজে, ইহনিংবৌদো। পন্থৌ খুনেং হিহবু,
কুমজা নতম কুইখরে ইরোন-মুংদা লৈখরে।
বাকয়ে মাবু খিরমগে থোকপিরকও হায়হনা
মাংবু থাগ্রে হায়বনি। সনা' ইচম ইনিংবু
ভাইররিনি য়ামহম। থিল্লে লেংহম লেঙভসি॥"
হায়বিখরে থমুনা।মৌপ্পাই নিংথম-শমজিন্দো,
মুরা খুৎনা পায়খংলে। মজাইবেম্মা থাদোইনা—
"হাই-মাই-পেম্মা! ইনমা! ভায়োল্লুরে ঐহাক্তি,
চংসি, কদায় পোং অদো, চেপপ লৈনা খুংনদি
পায়নহৌনদে খুৎনা নচম পসেমজগেদা।"
হায়না মজা ইবেম্মা। মনমগী নথুংভগী
মথংলেনগী কীরোন্দো। সনা খুৎনা লৌরক্লে।
লাইরবীদি লমজাম্বা হৌনদেনে হায়হনা,
থামজে থরাই মাওনমক য়াখিদরে থোইবীনা
থাদোই মাংদা থাহনা পোংয়োম অহ কোক্ত-থোং,
লমজা চনু লাইরবী মানা ভুংদা ইল্লক্লে।
থয়ু মামা মপুওই, মপু ওইবী থাদোইনা
লমজাই মগোং পুহনা চংলকপহু উবদা
খোয়ুম মথৈ পেনখরে থাগংলকই থোইবীব।
থয়ু মবুক অঙদা ভাইহাক পুংগোই হরাওই

খুৎনা থাবু কংজবই। থাদোই থাজ ওইহনা
খম্ব নোংইল ওইরকই। অমুয়োমদা কিমনা
চংপা য়াম্বে লমজাদো। নোংয়াই মহু নিংথৌবী
লমদম য়ায়কৈ পাংলকই, খম্বু থোইবী থোরক্লে।
মপুং কাখা খম্বদো, প্রকৃতিগী চেবাংদা
মুংশিবগী মচুনা মখল মখল হাপ্তুনা
পুক্লিং ভুরি পায়হন্না থাদোই মুর্তি য়েক্রক্লে।
নিংথিজবে মুর্তিদো খম্বা মানা য়েংলকই।
মুর্তি অহু য়েংলগা খম্বা য়াম্বা মেল্লকই
নোংয়াই শৈশক ওইনদি লমদম 'চিকপা অহুদা।—
"অরাব ভম্পাক য়ুমনদি বাংগোন পুক্সি মুংহুদা,
খবাব তোকশাংনরিবী লৈরাং মপুং ফারবী,
কোয়ৌ অরাংবদগী লৈরাং ওইবী ইবেম্মা!
ভরাং কোবা হুমিংতা খুমন মীরৈপুং-হুদা
শন কাবদি চংপদা লৈরাং তৌহু ইনগন্নু,
য়াদ মখৈ খমোইও চংনিং মাংওইনবনি।
মুবা চংলো হায়হনা লেপ্পরগা ভরাংদি
তাংলো হৌজিক কাওববু লাকতববু করিনো।
নুবা য়াবা অমুত তানিংঙেদা ঐহাক্কে।
হায়ু মুজা কৈদোরে?" হুম্মা খম্বা পাওহুংই॥
নিংথম চুম্মা বান-খাং, পায়েন মনা কংজবা
কুবগী মতম ওইবগী এনিং ঙাংনা চোংবনা
পায়েন মাপুং কারবা। চোংগাং মনা পুংলবা,
নেরেন তৌবা অমগী, খুমন, মখোং অহুদা,
কোক্কোন থিংতা উরকপা শক্তি শেংনা উদবা;
নোংয়াই শৈশক ভম্বদো—মাংদা হিদি থাহজিল্লা;
পুক্লিং ইনৌ নৌহনা মচেম লাইরবীহুনে,

শানৌ মনেম মচানে অনি হুবু ঙাইরিবা ;
থেংনরুরে তারকই পাখং মাগী সোয়দো ॥
থাদোই খম্ব্ অনিবা খম্বা মায়কৈ পাল্লবা
চংশিল্লকই মতমদো। থাদোই মানা—"ইববা ;
নহ্ নিংথৌ নংতম্না, আদা ইশৈ শকইনে !"
হংই খম্ব্ মঙোন্দা ইশৈ মরোন শেংনা অহৈ
থাদোই খম্ব্ অনিদো। খংনা তানা খম্ব্না
"নংতম্নাম্লে ইবেম্মা।" থুমই ইকাইজহনা॥
অনি হুনা চংলকপা লাইম নক্সিল্লবদা,
"কনা কুইরে করিনো" খল্লহনা;খল্লনা,
য়েংথোরকই তুংহন্না। নোংয়াই মচেম-থাদোইনা
মাংগা তুংগা লাকপদো উরে খম্বা নক্লে।
ইকাইজরে লাইয়বা তাম্নরিনি খল্লুরে,
মচেম মম্বা শকপীবু। পাখং নিপা রাঙাং অহৈ,
হায়জনরকই মচেমদা—"ওম্মোক্লম্ ভগবোদা
করিনোনে ইচেমহন।" খম্বৈ মন্না তাবনা
থাদোই মানা—"ইবুংঙো! ইনমন্না নঙ্গেদো,
ঐনা খোংহৌ থিনযনা ঐবু ঙাইনরকপগী
ঙাহাক পুংগোই ঙাইবিরে।" স্থম্না সোঠৈ কিহনা॥
খম্বা মাগী মপোংতো থাদোই সনা কোক্তা থোং
মতৌ অহু উবদা নোক্লিংউরে খম্বুদো॥
খম্ব্ মানা হিহবু উরকপদা—"পম্বৌদি,
লোইদাম অম্রুক কুইববু ইয়োম-মুংদা মাতাবা;
ইপাইবুংঙো!" হায়হনা চেংথোইদিং থাকহনা
পুজা তৌরে খম্ব্মা। থুমন মচিন মৌপ্না,
মিংতা পিবু তামমৈ থুরমকই হি-হবু॥
নিংথৌ মচা ইবেম্মা, নৈত্রেণ লাংওন চংথোম্বী,

মুম্না য়েংই সনাহন।' খুমন মাগী পুন্নকপা
মকোক্তগী পোংথুদি ইথা থাদে কোক্তগী।
থম্ মাবু য়েংহনা –"খুমন চম্ন ইনমা!
নোংম্নাই চম্ন অরেম্বী!" লাইরবীদি থম্না –
"ইবেমা।"—"কয়ো ঐদি ইনমা চংক্লেদনা?"
—"করিগীনো ইবেম্মা?"—"ৱাকয়ৈ অসি ইনমা।
ইকু থোকএ ঐগীদি। থোকল্লিবরা অসিবো?"
—"থোকএ কৈদোর'গেনে?"—"ইনমৈদি ইপাম্নি
দোষ লৈতে অমনি। মমৌ মকু হায়বসি
শোক্ল পন্ন য়াদেদো। ইকু ওইবা ৱাকয়ৈবু
'থক্লা করম তোংল্লনা চংলসিগে ঐনবো!
তোকএদনা ঐহাক্তে, কয়ো ঐবো ইনমা!!"
হায়রে ৱারে থোইবীদো। অসাই মানা পুন্নকপা,
পোংয়োম থুসু থাদরি। ঙাংথোরকপা ৱাতাদো
নোকনিংবনা হেনথরে। নোংয়াই মমাই লৈথোকই,
থোইরুম মোমোন তোঙখি। নোক্লে থম্ কাক কাক্লা।
খুমন চম্ন লাইরবী মানা পোকপা মুমিত্তে
কোয়ৌ অহুই গুমিংতা নোক্লিংবগুম নোক্লিংবা
নোংম্নাই চম্ন তৌখিত্রি। মথোন থোক্লা নোকপম্
থম্ মহু মঙাইরি। নোকথোকউরে থম্দো।
মমৈহদা ইকাইরে কন নোকথোকউবদো,
খুমন মৌপ্রাই মাংহদা। থাদোই মাবু হুংশিবা,
ঙাংথোরকপা ৱাহগা নোকউবনি থম্দো।
থাদোই মাবু য়েংঙগা –"করি ৱানো ইবেম্মা!
পম্মৌ মাগী ৱাকয়ৈনি থুবী ইপা হায়বনি।
হোনবনি ইবেম্মা। তোংবা করি য়াদম্নি।"
তাকপিরক্লে থম্না। থোইবী মানা থম্গা—

"হায় মা 'হুয়া ইনমা। হুংঙাইজরেদা সৈত।
বাকরেদা ঐহাক্তে।" হায়রে থারে মপোৎতো
মুয়া নবাই থক্তগী নিংথম শমজিন ময়োমদো।
ছুপচিং লমদম অহুগী লবুক লৈরি থকুদা
থম্বাল লৈয়াং ওইবীদো, নিংঙাইদনা কমথরে,
মুংশা মপী হোন্দোকই—"বাকরেদা ঐহাক্তে।"
হায়না শোল্লি থাদোইনা। নোক্লিংথরে খম্বদি।
খুমন মানা - "ইচেম্মন। মতম অসি ওইদৌরে,
হোরেন মতম শোইরগা মপুই দণ্ডি কংগনি।
তোংবিররো চৎলসি।" হায়না খুমন মহাক্কা
কুমথখরে হিরুদা। মচেম খম্ব মৌপ্বাগী
নিংথম শমজিন পোংবোমদো থাদোই থুৎতে লৌহ্লনা—
"ইচ নিংথৌ শেংচিল্লো।" সিন্নবিরে শেংহন্নে।
খুমন চরৈ হোংখরে। ছুপচিং নাতৈ কবদা
বাকয়ৈ অহু থাক্রিঙৈ খম্বা থোইবী অনিগা
লৈপাক লৈম ওইরবী লুম্না থোইনা লেপ্লবী
খুমন চনু খম্বগা অহুমহুনা লেপ্লকপা,
নিংথিজবা লোইখরে। স্বর্গদগী লাইশিংনা
লৈচিন খুদানহুনা অহুম অহু য়েংঙকই।
কেপে লমদম অহুগী কোরৌ থক্কা পাহরম্বা
পোম্বী চেক্লা পুম্বনা অহুম অহু উবদা
মালেম থকতা তারকই। চেক্লাশিংনা পাইবদা
সাগন ভুকাং খপকনি হায়বা হুবু কাওনরে।
তাইবং মীদি লাইখরে চেক্লাশিংসু থমথরো,
স্বর্গদগী লাই-কাওবা পুম্মুন ওইনা মুনখরে।
মতমহুদা নিংথিবা লোকতাক মিংসেন তাওম্বা,
লোক্লাক খোংবান অহুগী লাইজ কংথখিবনা,

চাংদোন চৌরপ তাবনে। চুগী মরক মরতা
মোংসোং মচা মচানা অরিবনা মাংখিবা .
হানৌ মোমা চোংখিবা। শাপুক নক্তক লম্পারা
তংন-শন্ন লৈরিবা। মৈকোক থান-ওইবগী
থাথাই অমৈ মমাংদা, থাম্বং অমৈ মচুংদা
ওরাং ওসি চাকখিবা লমজাও থাম্বী মহারা।
সুম্বা লমদম খিবিরা খন্ন'মনা চোংত্রিবা,
কনা 'মমা চোংলবা হানৌ খোংহৌ মামদ।
লমগী মচেং মচেংনা মখন নাইনা উরকপা।
ঈশিং কংফাম তাইনবা লোক্তাক মাগী খোংবাম্বা,
ভুগীখোংগী মন্নুংদা মপান ওইবা কয়াদা
লোক্তাক কম্বোং মনানা সংন লেক্লেক হৌরিখা।
কেগে লোক্তাক অতুগী অনৌবদি শকফম্মি।
ইশিং ওইবা শকুম্বা অমুক নৌনা নিংখিবা।
হৈকক্ু এল্লী হাযল্লনা নৈনা নৌনা চোংথ্রিবা,
একম্ চরাং মথৈনা লাইজ মুংদা হেরিবা।
হকং থানা ওইবগী লাইজ মানা লূরিবা।
ইশিং চুগী মবুক্তা ফুমনা মতুপ মতুপ ওই
ছপ্লৌ চিদায় খোমল্লনা তুম্পক তুম্পক তাওরিবা।
সুম্বা লাইজ লমদমনা—নিংখিজবা মতমদা

*   *   *   *

খুমন নোংয়াই মচাদি খুংনা খনবা খম্বনা
নিংখম শমজিন থোন্নুনা মৌয়েন খুত্তা পায়ল্লনা,
মাকৈ হিকদা লেপ, মচেম খম্ব্ কৌবীনা
হিনাও কাংদোন থং্শা, মজাই-বেম্বা থোইবীনা,
হিয়াই চুদা তোংসিনে, কেগে লোক্তাক লমদমনা,

কাওরেন মাখা চংপগি হোন্দোক্লে হি অদো।
লাইখ নুংদা লৈরিবা খোয়ুম শিংনা মাখ-চিং,
লোত্তাক মাগী লমদমদি 'তাকমু' কৌবা য়োমক্লে।
তাকমু ইয়াই অচৌদা খুমন মাগী থাকয়েদো,
খোংঙে য়িহু, ওংঙকই। খুমন মানা "করিনো"?
হায়না নোংয়াই কোয়েংবু য়েংঙকপদা উদরে।
খম্বা-য়েংথয়কপদা - এল্সম চরাং চারম্মে,
হি-হু' খোংবা তারক্লে। খম্বু নুংশা খিখরে—
"ইহু নিংথৌ করম্নো! হি অসিদি খোংঙেনা?"
—"খুমন মানা ইচেম্মন খোংজসনু।" হায়রকই।
ইপং পাংনা করিসু নুংশা থিদে খম্বদো।
মতম অদু হি-হুদি খুন্দোন অনি রোমদদি,
লৈরি হিবান অহুবু লুপকদোরে লাইজদা।
খুমন চনু লাইরবী নুংয়া ছোরী মথুং-সু,
নুংয়া ভগ্না শক্তনা থাকয়ে মাবু য়েঙঙক্লে।
"নপাবুসু ইপানা, নপুবুসু ইপুনা
নকোবুসু ইবেমা; হি নংবুসু ঐহাক্না
ওমই খংউ থাকয়ে নং। থাংজিং চিংলু কোকপী
য়ানবনিদো হি নংবু। নপা থাংসু চিনাইবা,
নপু থাংদি চিনাইবা—থাংলেন কোমসংনরগে,
লাংগোই সরি থোক্লগে খমনু খম্বা য়াওয়িদো।
খুমন নচা অনিবু কাওরবরা পন্থোবো!"
হায়রহুনা খনহুনা হিমাক্ত কাওদোন অহুনা
থাক্লগা ছোরি অহুনা ঈ-থোক্লে থাংকম হুদা॥
নুংয়া খম্বান মনম-খাং লমখাং কিজি সেমাইরে।
ঈ-থোকইবা থাংখুন্দো খমনু মানা মেঙরে।
মিংসা খম্বান লকাদা খমনু পিবু তাহুনা

"তমকা ঙ.ঙোই চংখোনবী মাংকদবী ইবেম্মা !
নিংখৌ মচা অসিবু য়াওরি ইপা ইবুংঙো !
পঙ্গৌ কন্নি শাওবগে ! য়ায়ৌবিন্নু নচাবু ॥"
ভক্তি কৎলে খমন্নুনা, হিন্থ হাঙ্গৈ দৌওমনা
খোংত্রে, ইয়েন তাওখৎলে। মথং মথং হোৎক্লে।
খৌদৌ অসি উবদা কিজয়েদো থোইবীদো ॥
লমদম খয়া চৎলগা—মনিং তম্বি থাদোইদো,—
"ইনমা 'বেম্মা ঐবু কোকপু য়ামনা ঙাওরেনে।"
খমন্নু মানা—"ইবেম্মা ' হিরাই হায়বা অহনি
হিবান চিকউ কগনি।" থোইবী হিবান চিকউরে।
"কৈন্থ কত্তে নুঙাইত্রে" হায়না শাওই থোইবীনা
"নৌজুম থকউ অহ্নপা"—হায়রে খমন্নু অমুক্তা।
মতাং 'সিদা থোইবীনা খুমন মাবু য়েংহনা—
"শিয়বন্থ করিনো!হুমনা য়েংগে হায়বরা।"
ঙারে খুমন মঙোন্দা। নৌজুম অহ নৌসন্থ
খন্নুহনা খম্বনা লাপ্পিল্লকই থোইবীদা।
"লৈখোম ঙাক্তা থক্লিংদে :" থোইবী নৌজুম লৌদরে।
খথা নৈন্থ অমুক্তা এঙ্গন চয়.ং হাইদোকই।
নৌজুমং অহ পিবদা—"এঙ্গম চয়াং মন্নু
নমথি ঙম্মোই থক্লিংদে," থাদোই ৎবউ য়াদরে।
থোইবী সনা পুক্লিংদি মাঙ মাগী খুন্তুনা
নৌজুম অহ লৌয়গা নুম্না চিন্না ইকন্নু
নিংই, অসি তৌদবহনা থকউ য়াদ'নি।
"অয়ো! অয়ো! ইনমা" থাদোই তোয়না কৌরকই।
খমন্নু মানা চংহুনা!হিয়োম শোক্তি কৎতরে।
'লোয় শোনবা ময়মনা কন্নমাক্তে ইনমা!
ক ২ নিংথৌ শোক্লন্নু।" হায়রে থোইবী অশেংনা।

খুমন মতেম মমাঙ্গদা-খম্বা শোনমা ওয়দরে ॥
"খম্বা শোয়্নু ইবুংঙো।" হায়বিরকই থয়্দো,
হিয়ম মেংবা শাহনা মমাই অহু লৈথোকখি
মোংবাই লৈশিল্লকুমা থাদোই নাকোং চক্রপা।
শাইবোন চিঙ্গোন থেংনমা—"লৈগদবা নিপাদা,
লৈগদবা মুশীনা মুঙ্গা ভাংপু ভৌবসে,
পুক্লিনদে হায়বনি। ওসি খংঙে মতুংদি
পুম লাকচ-ওয়ায়োই।" শোয়ে মন্ত্র অসিনা ॥
ওয়্রোকপনি ইবেম্মা। মজাইবেম্মা থোইবীদো।
মুমা মাঙ্গ'হনগী মোংয়াই লৈথোকখাংক্লিবৈও,
"হো-ইমমা! ইমম'! হৈক্লেদকো নৌপুঙ্গা-সে,
কোক-তাওখনে করেদো।" থোইবী ভল-লাও লাওরকই ॥
থয় মামা "ইবেম্মা!" নমজা মুমা খুমজরে।
মচেম' মেংলকক্লিবৈদা খম্বা প্না লৈথোকখি।
ওহোকপানিদা হায়মা খম্বা শোক্লি শোম-থাংবৈ।
"লাইখোৎয়গে লৌথিয়ু!" হায়রহমা থোইবীনা
পাম চহুম অমথক লাঙ্গরকই খম্বদা।
নৌদোমকু লাহোয়রকই। থোইবী মামা শাওনিংই।
"ওসি শম কাদোববু কমা ওইনিরবনো ॥
কাওয়েন কা-মন কৈমাবু নৌনা কংগদবনা:
নুমাই মপু মংভবা মোদা করম দৌহনা
পাম-লাল্লুগদগে! হায়রে পাম হাপ্লুয়ে ॥
থয় মজম অসিদা মুমা চিমথু ভেংশিনৈ।
নুমাম পাম অহুবু নৌয়ে পাথং থুংহুনা।
থাকবৈ মাবু হোল্লক্লে খুমন নমদম ভমহুনা ॥
থমংখোংদি থমং পাং, চিংলক অচৌথা মোমদা;
হৈমাম খুম্যাং হোন্দুনা খোর্দাক ইমাই থাইহনা,

রাকরৈ অহ্নু হোল্লকপা হাওজেং পন্দোন য়েৌরক্লো
থাংগ-করাং চিংহ্নবু হুংওই মাতৈনহৌরে।
নোংপোক-চিংথৈ পাংহনা, মকাপ-ইশম-চাই য়ৌরে।
অঙোম পোকপা চিং য়েংরে। নুরাং-লুকায় লয়ীদা
হি অহ্নবু হোল্লরে। কৌগাকচাও হিরম ইমা,
হোল্লকপহনা হি-হু তুরেল অচৌবা তারে।
অরাং পাংনা হি অহ্নু তোরৈ ইমা লাকপনা
সেকমাই ইচিন য়েংথরে মপু মনাই অহমদো॥
লমলেন-মাত্তক থয়াই-চিং, চয়াই-পাক্লেল-লোক-হুদা
"হুইদাও থে ংদেনবী" কৌবী নুরা 'মনা লো য়াল্লি।
হুমিং কৌবা লাই 'সিনা নুমিং খুদিং লাকইদো।
নুরা মাবু পাওথেমই। খংই য়াদে নুরাদো॥
থোয়ুম মশাও ওইবগা নুজা থাংবা ঙমদরে,
হায়ন দৌথৈ হায়নরে খুন্ন দৌথৈ খুমনরে।
মমৈ থংদা অনিমক—রাহৈ মরাক চেন্দানা
য়াথং থোয়া শমদত্তা, য়াধং পাংসোই নিক্তানা
য়ানথরে অনিদো॥ নুরা 'হুনা হায়জখি,—
"নংদি থোয়ুম ওইবনি ননাই ঐদি মীনিদো।
নংগী নাত্তা চংলগা চাকথেকনি চংলরোই।
লোইবী শিগী মথক্তা উথুম চারৌবী কৌগে,
ইথুং-ইশম ইরা ওই, ইকোক য়ুংনা হৌজগে।
ইখোং' ইশা ওইহ্নবা কোরৌ থক্তা লৈসনু।
কোরৌ হনবা নহারা হুমিং খুদিং লানবিয়ু,
পামেল ঐগী ইথক্তা, নংগী থৌগন শকচগে।
মাংদ তাদ নহারা পিন্নবিয়ু॥ হায়জরে॥
কোরে হনবা মহারা, য়ামনা ক্ষরে ইবেম্মা।
ঐগী ইনাক চংশদা কৈহু শায়োই ইনিংঙ্গি।

অসিমকপু নহাক্কা নিংখরবা পুক্লিংনি।
কোরৌ খর.ঐহাক্কী থৌগল তৌরো অদুমনা,
মচুং"হুদা নং অসে 'নাওসিদা' হিদেন ম্না.
মাংল-তাদ লৈশ্রোকো।" মাংল বোর পিথিখি ॥
পামেল ্ওইনা হেংখরে তলা মাবু চাওখোইরে।
পামেল মাংখোইরবদা হিয়াং হিদি ওইরগে,
য়ানশ্রে মতম অমদা ॥ মাস্তক চিংদা হৌবনা,
ঈরম সেকমাই ভুরেন্দা পামেল মাবু থারকই ।
ইরেন অসি য়োবদা তলা মাবু খাওকই।
য়োংকী থৌরী থাহনা চিংখংপদা য়াদরে।
নাওসিদা-দা লুপখরে। লুপ্লবু ভুম্বা কৌই, -
হুগী উভুম-কোন কৌখরে। ওহাক পুংগোই লৈপ্রগা
থিঙ্গংলক্লে রা অমা। থিঙ্গংলকপা রাহুদা,
কারক্লে মরী মরী ইশিংদগী উচি ওাক।
ওাহাক অমুক লৈরগা খোই-ওাক্তদি ওয়রে।
মতম ইকুই কুইদনা লোইনা পুশ্বাং মাংখরে॥
থৌদোক সিগী লৌহনা লমদম সিগী মমিংবু,
উচি-বাদি খোই-য়োম-পান কেনখরে ময়াম্না ॥
চাখা মোইরেং ওম্বগী মচা নিপা অহন্দি,—
থুমন চাখা 'হন কৌই। মানা খালৈ লৌয়াল্লি।
কুম হু খর থেংখরে। তরা' চয়োম পুসেল্লি,
খাংলা অকংবনগু সরেং খোইবী:অকংবা
হম্ব য়োমই পুরকই। ইরেল অসি লাল্লকই।
লেৈগ্লে অকংবন্নবু লাইজ সিদা চোংথগ্রে
অহিংবদি ওইহনা। চারুদরে চাক ভুবু
থমগ্রে তরা অহুম্বা। হাওরম অহন হাওরম তোন,
হাওরম য়াইমা অহুমগী হাওরম হাক্তক অম্নিদা,

পামেল নোংথৈ থকতুনা নোংথৈ ওইনা লৈবরে ॥
ইরোং লৈম-তেনবাথা, নশিং লৈপান-কবী দি,
য়াম্ন-ইচম-তম্বীবু লাইরেম্বীদি মহাক্না,
থৌবান-ইরোং নিংথৌদা, নোংথৈ অসি পরেং লেং,
খুদোন তৌথি লাইরেম্বী খোঙুম মশেন অঙ্গুম্না ॥

*  *  *  *  *

উচি বার্দি খোঙোমপান হইদাও খোংলেংবী চানা;
পামেন উতুম কোন-হবু, লেপ্লে পম্নোং থোইবী-দি
অকংবনা লাইজদা, চাম্নৌ নুপাম থক্সী,
নমলেম মাবু চোংথরাই। সুংথিন থাওরা কংবনা
তেন্নোল লৌ কৈ নরিবা— নমদম অসি মৌবক্লে,
খুমন হিহ হোল্লকপা—নাওসদা ইরেন থেংথরে ॥
লৈমখোংদা হি অহু খুমন্না চিংশিন্নখ্রে ॥
নোংপোক থংবা তোর্বান্দা অহুম অহু কাথংলে ॥
খুমন উপা চিংথরে উবা তম্না হেক্তুনা,
মচন মনিং অনিগী চান ইকুম থাংপোক শং
থল্লে থম্বা নিংথিনা। খুমন মাগী মরমদম,
লাইজ য়েংনা কোনথদা মৈকোক থানা ওইবনী
হানৌ নেম্নেম কাবদা ইটিক হম্না সুংশিবা!
কোন্নৌ মৈশা মরক্তা লাইজ লম্বী চংলকপা,
কোন্নৌ মৈনা মৈবগী মাতোন নাকচি শাকচিদা
সনা কোংগোন থিনবগুন লুপা কোংকুপ চাইথতন
হুমাং লৈরিক কাথনে। সনায় মোম্নুম মোত্তেককক
তারবম্ন মকজৈ, চাদ লাংখোং থাহনা,
ইকুম থাংপোং মথাদা চংউবম্ন মজিংথি।
উবা হুম্না সংথনে, কুহু তংাং তংাংলে।
হৈয়াং কনুং কারবা তাংজিং অমুন-কতা

থুমন মচিন খৌপ্নাকে নিংথৌমচা কুপীনে,
থাংপোক খালা চংহুনা তাহ.ক পুংগোই পোকখ্রে ॥
খম্বা মানা – "ইবেম্মা। লৈপাক তাইনরম্বদি
চংলগেকো ঐহাক্না কাওম্রেন থাবা ওইজগে।"
খুমন মচেম থুরম্মে। থাদোই চোংখোংমকুনা,
খম্বা মাগী নমাংদা'মম পা লৈদা কুন্দুনা –
"পাম্ন লম্লান চাদবী, হিদেন অনি তাম্বী,
লৈরাং কৈনা চিলবী, কুপী মওপা ওইব্রবা,
শনবু লেপ্ন-কাকিদু তসি কোরৌ অনিদা।"
খুমন মাকু থুরম্মে ॥ খম্বা মথুং অহনা—
ভুংমান শম্মাং অহনা হমদাং নাতা কম্বী
শম্মাং লৈদা তারিবী, পাইখুম্না-দি চম্বাবী
লমথাং হুনা কম্বিনী শমগা কীগা অনিগী
নুম্বা নঙন থকুনা খম্বা খুংনা নমহুনা,
"নুম্বা মজা ইবেম্মা লাইনিং পম্নে চেংশিন্দু!
কাওমেন থাবু থাজগে মহুল ওইজমকেকো।"
মোংম্নাই অদি হাম্হুনা লাইখক কংলি লমজানা
খুমন খোংকোপ ম্নাইম্নক্লে, লৈপাক তিমকা মাইকৈ-মোন ॥
মোংম্নাই মানা লাকপম্না লৈপাক মীনিম তাম্নক্লে।
সোমদা লৈপাক তাইনম্নে – অম্নাম'চাকতাই থলোনা।
খুমন নিংথৌ মপুদো সনা পুক্রিং লাংখম্নে।
মোইরাং নিংথৌ মেংহুনা 'ইতাও নিংথৌ তাবিদি!
পুংদি অম্না অমদে নমাই থশ্রা'লাতজরে,
কিকম্নেদা ইতাওদু। নিংথৌ পাজল চাংবদি
কেলে লোমিং থকী কাওমেন কাদি হাম্নরপা
খুমন'-নম্নোই ওইবিগ মাংবিবমা কবিকো!"
কাগি ওইনা হাম্নবই। তাবস্তি অমা ওইনা উইম্না।

মোইরাং নিংথৌ 'ইতাওবু! ননাই খম্বা লাক্লনি
ঙাহাক পুংগোই মঙাইরে। সনা পুক্নিং ঙাহাত্তা।"
খুমই খুমন নিংথৌদা। খুমন মানা—"ইতাও।
ঙাইজগনি অতুগা, খম্বা মানা লাক্কুগা
ঐনা চাম ওইরগা ইতাও'মগী ওইহনা
কুরু ক্ষেত্র ইকোপ্পা কুমৈহুম থোকদরা!
ঐগী প্রজা শিংসিনা খম্বা উবা ফংব্রবা
লাকখিব্রবদি ইতাওবু—শনগী রালি শোইরগা,
প্রজা পুক্নিং নৌখিনি রাইনে ঐদি মসিগী॥"
হায়রে মচিন থোরকলে। খম্বা লাক্লে হায়নরে।
হুংশা ঙিরে মোইরাংশিং নিংথৌ চাওবা তানরে।
থোংলেন কাদা চংহনা হায়নরুরে—থোংলেম্মা,—
"লাক্লনিদা কৈনো! ঙাইখো হায়ু মীনবু
উচেক ভোগুম পাইগব্রা, চংলমদাইদা ঐহাকা
উন্নরকই পুংকম অকবা তাঙা য়েংনা লাকনি।"
হায়না খুমই থোংলেন্দো করি থোইনা নিংঙাইদে॥
চেক্লা নোংগোবী চানা—লাইজ ইঙাইজবগুম
খুমন প্রজা নিংথৌনে মোইরাং লৈপাক পুম্বনেং;
খম্বা থৌরাংজবিং খুমন মোইরাং অনিগী
সগাই মথোং লোম্বা ইকোক কোকপা লৈরুকোক
কোরৌ মঙান কবগুম ফোংবু লাওনা কাওরে।
"লাকএ লাকএ কজেদা—! লাইনি লাইনি চাওইদা।"
রাহৈ অসিমতুনা লৈপাক পুম্নিন, নিনখরে।
লৈপাক ভক্তিয়রকপা প্রজা নিংথাইগদৌরে।
থাং পাইহনা ঙাকখরে। লৈপাক পুম্নাং লাংখরে॥
মবাই কৈরোইজাখনা খুমন নাক্কা চংলক্লে।
নিংথৌ অনি ভিমবম্না কনা হাম্না খুরম্না

হৌদখগে হায়রবসি মসেন মবাই চিংনরে।
মশেম মবাই উবদা পাবোং শনগুম মায়রবা,
অরাংপদি লৈত্তবা ওরুখরে খুমশা।
কমা 'মমা "কমানো? ময়াম্বনি" হায়রবা-য়াও,
পুম্নাং ওইনা লাংনখি—খংনখনি ওম্নদে।
মশেম মবাই মবুক্কো উরগনা নোংলে।—
"খুমন 'বুংে তাববা, শাগৈ নিংথৌ হায়গা,
নরম নিংথৌ থুরম্মু।" লাওবিরক্লে মশানা।
খুমন নিংথৌ থুরম্মে, মহারাণী থুরম্মে।
যুবরাজ থুরম্মে। খুমন নিংথৌ মপুদি
মদোম পোকপা ওইবনা অথাপ্পদি ঈদগী,
কাকপা লৈত্তোন পানবনা, যুবরাজ ওহৌরশি।
খুমন মজা ইবেম্মা হয়াইগুদা চংলকই।
'অমুক্তদি ওাইবিথো" খামগ্রে খুমন লমজাবু।
"চহি কয়া ন্নরবা ইপা ইত্তোন খোকপয়া
ইবুং ইপা ওইবয়া—" হংজরকই হয়াইগু।
খুমন চম্নু হয়াইমু চহি কুমছুমদোই স্নুরে।
খম্বা মাবু হল্লমমে। "ইপাই ইপুই গুন্দগী
ভক্তি ওকে ঐহাক্না।" বারম অসি হায়হুনা
হয়াইমুনা ওকখরে—লৈরাং পরেং থারকই।
মবৈছুনাঃ নিংথোমা খম্বা মাবু কৌসিল্লে,
সগাই লাক-থোম তরুক্তে চিংখংখরে নিংথৌমা।
খুমন মশাও হংবদা—"ইপাই ইমাই থুবম্মু,
শাক্তি থাদোকচবগু ওমদদনা নমাইনা।"
থুমক্তৈ খম্ব নিংথৌদা।" নমাই ঐগী ঈবিংদি
অমা অনি সুহনা— মপু মোইরাং নিংথৌমা
কৌবিশকংলা নিংথৌবা, নমাই ইচেম অহুনা

হংথিমক্লে মথা 'হু। খুমন মচা মহক্কা—
"সখা যুক্তি তৌথিনু। ইথেৎ অহমবু পোকপা,
ইথৌপুক্লেন ইকেন থৌ অনিমক্কা মোংমদা,
ইয়োংলৈবা কাইরাগে। নমদম মাগী ভুরেন্দা,
লেৎয়ে থিনা লেংইন্হায়। ভুয়েন লাইজকুংহুন্দা
নোংথেৎ পরেং অমবু উরে তাংনা লৈবা।
ইশিং অহুদা থিরে খংজে য়াম্না ওক্লরে।
কাখংলে নাই অনিদো। ইশিং অমুক নুমক্লে,
লৈরি অহুম কাইদাবা। খঙরে, কৈনো। লিক-অনি,
চুম্নগীদি মংভরে। হিচং মোচংপা শিংগী
শিথি মাথি য়াওবদা নায়োইঙনা লৈরবা,
মথবাইনা ওইখিবা চুবা লিক-তা ওই' তারে'।
ছুই অমদি লোয়নৈ হায় — ইশিং মপান অংনা,
কোয়ৌ থক্কা অমুক য়েং লাইজ নুংদা অমুক-য়েং,
তাওবা মানা খোংবদা ছুইগী ইঙ্গিং খংহুনা
কোয়ৌ থকতা য়েংখৎলি। তোর্বানহুদা হেৎনিবা
পামেল মাগী মপাদা লাইজ মাগী মথক্তা
লিক্লাং অহু য়ামপ্পে, লাইজ নুংগী লিক-তুদি
লিক্লাং মনি ওইরপ্পে, লিক্লাং অহু পুরক্লে।
ইথৌ তোন্দা লিক অহু শিনরে ইনিংথৌ॥
নোংমৈ কোয়ৌ অমদা—নুবাং নিংথৌ মচানু
হৈরেম নিংথৌ মাগীদি মচা নিপা অমদা,
নুহোংই হায়। হুমিত্তো, ইথৌতে মদি খংলনা,
ইথৌ অহন' য়াইমপা নুহোংবসি চংখরে;
চিংখু লৈমাখুং তাম্না। অনি শিগী মতুংদা
ইথৌ তোমসি হল্লক্লে, নুহোংবা চংকে হায়না
ইথৌ তোম্না লিক্লাংসি —থিরকপাদা লৈরমক্লে।

ইথৌ অহন্না শিগ্রে হায়রবা 'সিগী শাওখরে।
থাংলেন থুংতা পাইহনা ইথৌ অনি হল্লকপা
ঙাইরে ইথৌ তোন-সিনা। ইথৌ হন্না ভুংদা থং
ইথৌ অনি লাকপদা ইথৌ তোম্না থাংলেম্না
লিক্লাং 'হুপা লোইননা ঙকশম তোংদম ককই হায়।
থৌদো:অসি উবদা –'কৈনো নংদে' হায়বদা
ইথৌ তোম্না শাওবনা হেনমনখিবা অতদা,
পুক্লিং চিংনরকহনা ইথৌ য়াইমা চেনখরে।
'তিম্নবদি ঙম্মরোই লিংজেন খাম্লী' হায়না
কেগে লমদম অসোমদা – হুপা সাইপক সাইদাংখি।
তাকপি হুম্না ইচেম্না, ইথৌ য়াইমা অহনা
হেমাম নিঙোন লোহনা পারেম্বু পোকই-হায়
তারিময়ুম নিঙোনবু পারেম্বন: লোহনা
পুরেম্ববু পোক্লগা ঙাংখম নিংঙোন লোহনা
পুরেম্বনা খম্বগা খম্ব কৌবা অনিবু
ইচিন ইপা পোক্লমই।" হংগংলক্রে খম্বুনা।।
য়ারি অসি তাবদা খুমন নিংথৌ চাকখরে,
খম্ব হুংশিখিবনা নিংশিং নিংশিংউবদা
লৈবা ঙমদে ভুদোই নিংথৌ কম্বা ঙমখিদে।।
খম্বা মাবু য়েংলগা— খুমন নিংথৌ কপখরে—
"য়াম্বুং কোকো ইবুংঙো। 'য়াম্বা যুব্রাজ ওইগে,
নংনা নিংথৌ ওয়ুকো, হনগ্রগম্ন মোইরাংদা।
কাওরেল অসি ফারগা পিথোকগ্রসি ইতাওদা।
নংনা নিংথৌ ওইদৌনি, ঐগী নত্তে ইবুংঙো।
ইথৌ-শিংগী ধারাদি নং ঐসিদা মঙাইরে।
'য়াম্বা নমিং থোনগেকো—'খুমন লৈকোই নিংথৌবা"
কৌরগেকো ইবুংঙো। লেপ্ল-শনবু ফাজোকো।

মোইরাং নিংথৌ ইতাওনা শানৌ মিং করি থোক্লি ?
"ইনিংথৌবু নতাওনা" হায়না খুম্বা খম্বনা।—
খুমন নিংথৌ বাহেদো মরক তুম্না থৎতুনা,—
"য়াম্বুং হায়ু হায়রগা করি বানো শানোতোন।"
খম্বা মাবু থামখরে। খম্বা অমুক ওন্দুনা,—
"য়াম্বুং 'বুঙো নতাওনা – 'কংলা নিংথৌবা' হায়না
ইমিং থোনবী মোইরাংদা" হংগৎখরে শাজৌনা।
অগোই শারে নিংথৌদো— "ইতাও 'বুংঙো লাইনিদা
ইনাও মিংহন অসিবু চংথোর্নদি থোনগ্রেদা।"
হরাওখরে নিংথৌদো মনাও লোক্লৌ কোন্দুনা
লাইবক খেলৈ চুপখরে। থাগৎনরে লৈপাক্লা।
খুমন নিংথৌ খম্বগা অনি মতৌ উবদা,
মোইরাং নিংথৌনচিংবা কয়াই কানাই পুম্বনা,
হংনরকই "করিনো ?" থোংলেনবনা তাকখরে,
খম্বা মাগী নিংথিবা পারি পুরি পুম্বদো॥
অমরোমদা খম্বদি-মনাওবু নিংথৌনা
খুজেং পালোই-মঙ্গনা সগাই ৎক্তে হৌগৎলে।
সমু খুৎনা থিন্দুনা খুমন লমদম অহুবু
তাকপিরক্লে নিংথৌনা—। মোইরাং লৈপাক, নিংথৌ কাও,
খম্ব মাবু লুনগ্রে পারি পুরি তাবদা
খুমন মচিন মনাওনা তৌনবহু উবদা।
খুমন নিংথৌ মপুনা "খুমন লৈকোই নিংথৌবা।
লোংয়াই খম্বা য়েংউ-দো, 'য়াম্বে খুৎনা থিনখলে—
সেকমাই তুরেল লাম্থোকসি, খরং হাইহু পাংলি 'দি,
মোন্দুম, সরিক কোঞ্জিলি, তোকপ-কাম্ব-য়েম্খে-চিং,
কৈরক লম্বহল বাবগাই, কাংগোম তেম্বা, মাঙক-চিং
কেঙ্কি ইকোপ বাংজিংপুং, তেলৌ পোকপী লম্বখাই,

লালোই পাওবী তেক ভাংজম 'চহল্লম ময়ম নুমমম
থাইথৌ খম্বু: লোই, তাংজেং লম্‌চংশি অপান লোই-দি
লাবৌ 'গুংজো সিকাওবা ইপা ইপুই ইরম্মি।
ইনাওশীনি অতোনবু। কোয়ে মতম লৈতবা
'শুগী নংবু 'য়াম্না মুয়প শুপ্না তাকশনি।
নংগী নয়োইনিবেসে—অমুপ য়াম্না পুক্করে।
ইরম-থাইবু খুরুম্মু কাওরেল লেপ্ন কাজোকো।!"
তাকপিখরে নিংথৌনা, মপুই থৌজান কোক্ত পোং,
খুমন মপাই খক্তগী লমজা খবা কুমখরে।
থোংলেন মপাই মনাক্তা চংখিহনা খম্না,
ময়াথদি নিংথৌনা তাকপিরকপা অপুনা।
অশ্মে লোইনা থোংলেন্দা। "নোংথাই খংঙে" হায়হনা
লোংঙা-চৈবুম শিন্নরে। থৌরী অচু খাংহন্দা
নোংম্মই তানা পুক্লিল্লে। শন্নথিবা চংহল্লসি
হায়না থোংলেন লাওরক্লে। নিংথৌ লৈপাক খুরুম্মে
মমাই মখা পাংহনা শন থিবদি চংখরে।
অদুম অমুপ লাপখরে। উপ্রে শমজিন মতোন্দা
ইকোপ লাইপন লোই য়েংপ্রে। মতম-সিদা চাওবদা
কৈরোইজাম্না অগাবু নলেন মতুং ইন্নুনা
তাকশিনক্লে নোংথোনা। খৌরী শাজে পায়হনা,
লাক্লে কৈরোইজাম্হদো। খওমানা "লৈপাকপু
কয়া লাপ্পহোরবগো" হন্না য়েংথোক্লকপদা,
উরে মখাই লাকপদো। কৈরোইজাম্বা মথাইবা—
"খুমন'বুংগো তাখরা—ইখাই লাকএ নিংথৌবা।
শিরে সিদ্মিনরসি হিংলে হিংমিন্নসিকো।
ইকু ইবেথ অনিনা লাইরৈবাক্তা য়েংবদা,
চুখাইনবা তৌসিকো। লমজা অতাকপবগুম

খুমন নদোম চংখিবা ইবাই লৈবা গুমদরে।
লাওবিরক্লে খম্ববু। মবাই মরা তাবদা
খম্বা পি-বু তাখরে। মসেন মবাই থেংনরে।
মবাই সংক্লিক য়েংলগা—"ইবাইবুংঙো লৌবিয়ু।
সিনা লে ইজরবনি।" হায়রনা খম্বা মহাক্না
লবুক লৈরী তোল্লোংবী তরেং তরা থংতুনা
কংলে মবাই চোরোন্দা। কৈরোইজাম্বা গুকখরে—
"করিনোনে ইবুংঙো! ইবাই অর্থ খংদরে,
হায়ুগবা ঐঙোন্দা।" হংই কৈরোইজাম্বনা।—
"ইবাইবুংঙো তাবিয়ু খুমন চম্নু লাইরবী
লাইবক খিবী ইচেমনি। মুজা মপুম থিংলবী
য়ারক্লবী মহাক্নি। মাগী কনা লৈহৌদ্রে।
কগু-মুং থোক্লবদি তারগনি হৌজিকমক।
ইপাগী মরানয়াইদো কোক হেক থাদোকপিগন্নু।
মুমিং শিংবুম খরদং লৈবিরম্মু ইবাইনা।
অওং-অউন তম্মমদ্রে লাইবক খিবা খম্বনা।
কদী লোক্লাং খরদং লৈহৌবনি মাহনা—
লাইরবিদি ইচেমগী অউন পোত্তি শকপিয়ু।
য়ারৌবিম্নু ইবাইনা॥" হায়রনা খম্বা মবাইগী
মখোং শোক্লা খুরম্মে। কোরৌ নোংনা খোংবগুম
লোইজিং ইরাও খোনগুম থোক কপখরে লাইরবনা।
মবাই কৈরোইজাম্বনা "খুমন ইবুংঙো নত্তে,
মাহু ইবাই পামজদে। চিংনগম্নু নবুক্না,
করে কক্লে য়াওরগে ইবাই লাকচরবনি,
খুমন হৈনা ইল্লক্লে। কৈনা লোগে লাক্লরোই
নিংউবরা নহাক্না! কৈনা য়াবা গুমখিরোই।
ইসেন ইবাই তুংদবু নুরা নচেম ওইবিনা

খোইদাব্দা য়াইথ্রংবা, ঐখোই অনি কর্ম্মদো,
খুমন চম্থু তৌসন্থু ইবাই কৈনা লোথিরোই।"
হায়রুবগা মবাইনা মসেন খম্বা কোনখরে
অনি অহু কপমিম্নে লম্নেন ইকেপ লমজাওদা।
"ইবাই-বুংঙো লৈবিহৌ।"  হন্না হন্না হায়জরে।
"খম্ব্র তরা পিহনা লৈহৌবদি ঙমগ্ররোই।"
য়াথিদরে মবাইদো।  খম্বা থরাই য়াথরে—
"য়ারোইদে'রে করম্নো।  শংগা হাইদোরক্নুনা
ইবাই শোইরগবরা?"  খম্না খম্না খম্বদো,
মসেন মবাই চৎলরে।  থুরাইতাং য়াংজিং পুংদা,
শন্না সগুপ শাযবগী ঙৌরোক ঙৌনা মতিন-হু
অচি চাব খুজাইগুম তারম্ব হু থেংনরে॥
মসেন মবাইনা নিংই—"খুমন লৈপাক অসিনা
হৌজ হৌজ সন সিনু তা বদা তাহৌবা,
লমজেন খুজাই ওইতারে।  তারমগনি থাং-তা-হু।"
শুন্না নিংনা, তাংমনা, মক্লুয়রক্লে ওইরম্ন্রে
সন্না সগুপ শাইবগী কোঙ্গোন অহু তশেংনা॥
"শনসি নক্লে" হায়নরে—খর চৎলে, কাওহুগী
মথি কোং-কোং শাবহু থেংনরক্লে অনিনা।
"ঈজিংতা মতৌনসি" মসেন মবাই ঙাংনরে।
অনিসিনা লাকপনা সন থেংনখিদে'রে,
মাহু উরে থাংজিংনা নুংঙাইররোই হায়হুনা,
কাওরেনহুগা মানবা ওন্নে শম-দি অমবু।
সরম অনি থোকহল্লে মখা অবাং অনিদা॥
লাইন ওনবা শন্নুনা অবাং পাংবা সরমনি।
অশেংবদি মখানি।  "থোংগুন অনি অসিদি
নৈবা লিবা মায়রে কমদোপনি' তানরে॥

খুমম মানা—"ইবাইবু অয়াংপাংনা ইরাইনা
সরম অসি ইনথিরো মথা সোমদা ঐ চংকে।
শন-সি থেংনরবদি কৌথিরকউ নসেনবু।
কন্রে ইবাই য়াওরগা। ঐনা চংথখিবদা
থেংনরে কনে এগা, থেংনদরে থিগ্রগে।
পুং মণ্ডা তাবা কাঙ'দা কীগে অমা থংগ্রবা
নসেন শিরে থংবিরো। নুমিৎসি তাগ্রবদি,
নুজা ওইবী অমিদং শিবা তারে—ইবাইবু।
নুরা মজা ইবেম্মা। মনাই ইচেম লাইরবী!
উচিরাদা অনিদো চাদ ইরুম শং'মদা
লৈহৌবনি ইবাইবু।" তানয়কই খম্বনা॥
য়া-সি পুম্বা তানরে অনি শমজি থাইহুম্না
মবাই লাইগী সয়মদা, লোংয়াই' মথা পুম্না
চংনখরে অনিমক। কৈরোইজাম্বা উটিবা,
নুম্না অমি লৈহেৌবা মাথকৈ পাংনা চৎলকই।
মচিন মনিং অনিগী নাপ্ন থাদা চিঙ্গিবা,
লৈনম ফাওবা তারকই। য়ায়া মক্ক-চংউরে।
মশক উরম-দাইহুদা পুথোকথরে থাংজিংনা;
সবম ইমা লাকপনা অপান শোইদা থোংলেনগী
সগাই মথোং মতুদা কৈরোইজাম্বা থ্ৰংউরে॥
থোংলেন মানা অমুকং "কৈরোইজাম্বা" হায়হুনা,
লাওয়কপবু থংথরে।—"ইমান'বুঙো" খুমজরে॥
"কৈদা চৎলুই, হনা-হায়"—"ইমান ইশিং থকচরুই!"—
"হুয়-থুম্মু লিংবয়া। ঐঙোন্দবু মীনমই!
নন থিবা চংনুরগা, হুয় তম্ব তাগেবে।"
হায়বা থোংলেন য়া-হুমা—ওমবিদরে তাকনা।
মুয়া তৌই হায়বদো - হুমন মগাই মপাওদো।

থোংলেন কাদা তমথরে।   মথৈগী থোংলেম্না—
"মুখা চংখি লাকখিনি সেমনৌ কৈরোইজাম্ব-সে।"
হকুম তৌরে মুবদা।   লীজবোথম্না কোম-সেনবা
মতৌগুম মুখনা কৈরোইজাম্বা সেম্বরে।
চাওব-মালা মচাবু চৈরে "চংহল্লে" হায়রে।
মগোন পুম্বা চাওবদা তল্লে মচা নিপানা।
"অঙোম হায়বা জাং অসে ররিন তাওই।"   হাজানা
চৈরে কৈরোইজাম্ববু—ফুংঙাইতরে চাওবদো॥

১১

খম্বা মানা লাকপদা মমাই মৈরম পাংলকএ।
রাইকৌ পোকপী পলাং-চং, মুখা নোংগা পাম্বনা
পুংঙিবদি পুংতাক-লম লমদম অসি য়োয়রক্নে॥
খুমন থরাম নহাদি লাইরবনা থোল্লুমবা
লাইর-পুংখোং য়োথরে।   লেপ্লে পুংখোং অহুমা॥
"শন 'সিদি মীথোম তাবা মাদে হায় কৌরগে ঐ,
হোয়েন মানা শাওহুনা চংলকপদা কাবগে।
পুংথক সিদা কারগা কৌর' খুদোং চাগনি।
পুং মংগী নথক'সিদা ঐনা কোক হেক কাবদি,
কিরে লমজা ঐহাক্না,   খুমন ইপা ইপুনা
থোলমই হায় মংবু।   ঐগী শরুক থরদং
হাপচগেকো।"   হাছুনা চরোং হাবুং থরদং
লৌরে, হাপ্লে পুংহদা,—পুং-হু লাইবক কংছুনা,
কাখংথরে থম্বনা।   নে.ংয়াই মাইকৈ নিপাম-মক
খম্ব-কৈন-য়েংশকই।   অরাপ-অনক থ্ং-মথৈ,
লমজা শন-বু য়েংবদা উথিদরে মতমদো॥
শন অহুদি লাইদিগোম মপাম্দা মমাই অহু
ককচিং মৈরম পাংগনা- মথৈ চাথোর অহু

থুরে-থুরে থাদরকপা, কাওরেন ময়াং অহুলা
মরম নৈপুং খিজিরে, অকংবা কুমদি মশাক,
লা-মুক শাকপা অমদি কাওরেন মচী অহুনা
কোকথংছুনা মকোক্তা ইরেমদি কুপসিল্লে!
মানবী চীরেল অনিদি য়েংতা সনা লোংখুম হক
থইদা লুপা লোংখু-হক কুমদি মথক অহুদা,
পুম্নং লংদা লিথথলে। কাওরেন মচু অঙুনা
লেক-লেক লাওনা ঙাংবনে খুমাং অনি লুকথরে;
সজিক নাপান চাবগী, লিক্লাইগুম্না লুরবা,
লাইদিগোমগী লাইজদো কাওরেন মানা থরকই।
চিঙাওহুনা ইশিংহু চিংসিল্লকপা ইরৈদা,
এরুম চয়াং মখেদো চেন্সিল্লকই মচিন্দা।
কাওগী থয়াং অঙুদা পরেং পরেং পৈখরে॥
মচিন অহু হুকংপা লাইজদগী মতমদো,
কাওরেন মানা লেপ্লকপা থয়াং এরুম চয়াংদা
সিক্করকপা লাইজগী মতুম মরি ইলং লং,
কোরৌ মঙাল' য়েবদা। চিরেমপা ইলং-লং
মতুনপা ইঙাং-ঙাং কুমদি অমা কুপ্লনে—
মঙং অমা ওইখরে কাওরেন মাগী মশক-তো॥
থম্না মানা মায়কৈ-হু পুন্নথুং থুংনা য়েংলকপা
মথে থংদা থা-মৈরম-মাইকৈ সোম থোকউরে,
উরে কাওরেন মহাকপু। থবা-থংদে থরকই—
"শক্ল্ মাগি কয়িনো! মচু ঙাংইন্নু হায়কো;
মচি য়েংলোম ওইরোমদা সনা লুপা হকই-হায়॥
শম্মি লাইনি থংদরে, করে নৈজরসহু,
শমহুম কৌরগে।" লেপত্রে। "লয়েন-ইকোপ-কেকি কো
কেকি ইকোপ লম্নুংশি, লয়েন-সিদা কোনবা লাই।

কাওরেন ঙাংবা পাইশ্নবা, ঐনা নৈবা লম-সিদা,
থোয়ুম পুসিনবিরকউ ! কাওরেন নংন্থ জারোকো,
মাংলন-চংতা নহাক্তি থুমন হায়বা লমদমদা
মীথোন তাবা য়াদে-হায় । ঐ লাক্লেদো হৌজিক্তি
নংগী শুনন্থ য়েংজগে ঐদীন্থ নং য়েংওয়ো
চংজিরকউ ইনাক্তা ॥" খম্বা অসি হায়রুনা,
থুমন নিংথৌ মপুনা, মপাই মপুই লমদম্,
তার্কপিরকপা মথৈন্থ মমিং মমিং হায়রুনা
কৌজরক্লে মতম 'ন্থ কাওরেন মানা তাথক্লে,
থুমন মাগী মথোন্দো কারে পুগ্রে মুংশিংনা,
কাওগী নাকোং চক্লদা পুয়া পুরূপ থিরক্লে ॥
মীথোন তাকদবা শম । থৈ মথোন তাবদা,
কাওরেন মতু চুংলকই, নোংপোক্তগী মনাইন্থ,
নোংচুপ্ত সম্ব ওয়রকই—"ইলাই-লাইনা কনানো !
উশিত্তবা থোক্ফম্নি য়ায়া নাপন চাওনা-তায় ।
থেন্দে চাইরেন পোইরৈয়া ! লায়না ইমিং পম্লিনা
হায়না মমাই ওন্সিক্তি, থুমাং গ্রো-গ্রো থোংলকই ॥
মায়কৈ কলোমদগীনো হায়না কাওনা য়েংলকই ।
মায়কৈ লেপ্ল ওমদরে— মীনম মায়কৈ কলোমদে
লাকইবগে হায়রুনা কাওরেন মনাতোল-জুনা
তাইবং মীনম নম্মকই । মীনম অন্থ কাওরকই
থুমন লাইম-পুংদগী । কাওনা মতু থিংলক্লে,
থুমাং অসি থোংলকই মমৈ চানোয় হাইপংলে ॥
কাওনা মমৈ থেকংপা চুমথাং থনগুম উথরে ;
থুমন মাগী মমিংতা। খম্বা মানা থরকই
"চুমথাং থন্দে অসাইদি হৌজিক্তদা থক্লকপা,
মরম্বা লাই ওইব-তায় । নৈবিবা মতা সিদা

চিংলায় হায়রবা অহুরা – ঐদি শনবু কৌজরি
মংবু নত্তে।" হায়রুনা খম্বা, অমুক লাওরক্লে—
"থীথোন তাকদবা-শল ! করি দৌরি হৌজিক-কাও।
লৈপাক অসি তিনবদা নিপা পাংগন তিংবসি।
চংলকউনা থোরকউ তাত্রবরা শন-নংবো।"
হয়া হয়া লাওরক্লে। কাওরেন মানা শাওরকপা,
সোর কী কী কাপ্পকপা লৈবা লাকপা ঙমখিত্রে॥
"লৈকম খংলে চেনগনু, ঐগী ঙন খংদ যাল্লে;
মতিক ইতিক খংনসি, 'লৈপাক তিনবদা' হায়না,
—করে, নংদদি লোয়া থাখরবোই ঙসিদি॥"
কাওরেন অসি হায়রুনা থোংহনা বাশক্লে॥
'ওরং' লাওবা খোক্ষমদে৷ খম্বা মানা তাহৌই।
খম্বা মানা "করিনো শব্দি লাক্তরুম্বা,
লাইহুম লাক্লগদরা।" য়ুম্না খম্বুই খোন্দাদো॥
খম্বা মানা লৈবগী লাইদিগোমগী পাংপান্না
মায়গৈ বাংবা ওইবনা খুমন তান্না লাকপদা,
কাওরেন কংফান কোইদরে শাওখিবনা শন-অলো,
লাইজ ইরম শম্বকলে চোংথরকলে পাংন্নাইদা।
নোংন্নাই তম্না লোইরকই। মমৈহুনা চিংলকপা,
চিরেন অনি অম্বুনে কোকচাও'হুনা মাংহুদা
মমিং মৈনুন থান ঙম্বা য়াংলেন কোরী চেনবদা
মরক তুদা লৈপুংঙম মরুম অহু উরকপা।
থুমাং খুবুং মরিনা লাইজ হুদা হোংলকপা,
লাইজ ইপোম অনিনা ইথক ওইদা কাওহুগী
রেংতা ওইদা থাইখিবা, অনি সুবা ইথক্তা
মমৈহুনা চিংবগী ইথক মথাং মথাং ওই।
য়ুং শা-হুনা য়ৈবগী চিরেন অনি অহুপা,

লাইজহুগা পাল্লুনা পূমং ওইনা লংখিবা ॥
কাওগী মাতোম অনিনা মৈহুম উত্তোং মুক্তি লাও,
লাইজ থক্তা কাম্বকপা ইরাও থোনবু থোরকপা
মতৌ অসি উবদা খুমন পূমওক ভকথরে।
কাওনি হায়না মিংথিরে। খুমন মানা লাওরকই—
"ছুমি মংখু নংচদে, লাইরেন নংবু কৌজদে,
ছুমি মিংম্না তেম্বিরো, লাইরেন লু-না হনবিরো
ইরান নত্তে নং ঐদি লাই নংবু খুরুমজরি।"
খুরুম্নকই নোম্লুক্লা। নোংম্নাই মবুক অহুদা
শাংনা লংনা উবনা লাইনি -হায়না খল্লুরে।
চিরোং লাইরোং মতানে অওইমক্সু মানখরে।
খম্বা মামা হায়জবা মীখোন অহু তারগা,
শাওবা হেল্লি কাও অদো ইয়াইহুদা শমতুনা,
তাংখক লৈতে চংলকই—নম্লিল্লকই অসুম্না ॥
ইকং মতম ওইবনা পাংকী উচেক অপুম্বা—
তাম্নু খম্বা চিম্পাকপী, লম-কাংঙ তিংঙি, উম্না
উচেক সংঙ সংঙনা কাওনা ইরোইরকপদা
ইপাক ছুদা তারম্বা পুম্বন মম্না পাইখৎল্রে ॥
খুমন মোইরাং অনিনা সগাই থক্তা উরক্লে ॥
লৈপাক অনি তিমবদা—"য়েংউ য়েংউ থাপগ্রবা,
মৈরম পাংবা অসোমদা, উচেক শিংসি কবিনো ॥
খুংজা 'মনি।" হায়নরে। অথংবনা হায়রকই—
"লৈপাক খীমাম মিনগমু, মামতোম থেংনবকপী
মরাম মনিন তারগা কাওরেন হেল্লিলকনি,
ছুম্নিন ছুমিন লৈথিযু খম্বা শনবু থেংনরে।"
লৈপাক পূম্নিন মিনখরে। কনাগুম্বা অমনা—
"মাম-থেংনরকরেদা অনি মাইদা ওইরদি

কপদনি” হায়নবা—কোংগাই অমা য়াওরকই ॥
থোংলেম্‌, খুমথ মচা লাইরবদি খম্বনা
মথোং থাংদোকখিবদে. মমিৎ অনি পাংখিদে,
খম্বা মাবু থশ্মোইদা থোংলেন চেৎনা কোনখরে ॥
“পারি ’বুঙো ইচাবু থোংকাপ কৈদা পোইথবা।
মপা ইভাও লৈত্রেকো,” খনখিবনা থোংলেন,
খুমন ইকোপ লমদমদা কয় হিম্নী কোনখরে ॥
লাইরবগী সয়েংদি নাম্ন ওইবা মবাইদি
কৈয়োইজাম্বা নিপাদো লৈপাক মনিন থোরকপা
ইনিন অহ্ তাবদা লৈব-লাকপা ঙমদরে।
মমান চাওবা নোংথোগ্গা কম্বা ঙমদ্রে মত্তোমদা ॥
উচিবাগী লমদমদা খুমন চনু লাইরবী
মালেম লৈমাই থক্তুদা লৈয়ি যৈজ্ঞ চিংখরে ॥
নুরা ওইবী থাদোইনা—“ইপু ইনাই অনিবু
চংবা য়ারয়োইদবো—কমদোসিগে ইনমা।”
খম্ব্ য়েংন হায়রকই। খুমন চনু খম্বনা—
“কদাইদগী ইবেম্মা! লাইনিং পয়ে চেংপিয়ু।”
হায়নরক্লে অনিদো। “থাংজিং নংগীদমক্তি—
মাঙ ভুবুম অমতং ঙাম্মনবিনু নহাক্না।”
খুরমখরে থোইবীদে। নুরা অনি য়েংবদা
থাংজিং মানা লেপখরে লাইরবগী মায়কৈদা
ইকোপ-লমদম পায়েন্দি হৈবোং মশা অহ্দা
থাংজিং তোং’না লৈখরে নুরা ওইবী থোইবীনা
থাম্বী মৈতান নেংপঙব কম্বা লৈরা ঙমখিরে। ,

*　　　*　　　*　　　*

খুমন খুরুমজবদা পনখিরমে কাও মাদো,
চংনিরক্লে অহোইনা। চংলকপহ্ উনবা—

"শন্দি লায়রি ভলিদি নংবু হায়া থেংনগে !
ছুমি নখা সেগাইগে লাইরেন নবুক হোগাইগে,
হৃদয়গী চংলকউ।" খুমন ভম্না লাওয়রে।
শম্না তারে হাইহে—"উশি-ভেদা হায়বগী
খনখিবনা শন অদো শাওবনা মাংওইনহনা
মশা শায় শাইনিঙেঙ। চংসিল্লরে শন্দরে॥
লাই হনখিনি হায়হনা খম্বা মকী তাখংলে।
ইশিং' খেনবা য়োবদা কাওহনা কায়কপদা,
মশক লাকপা ঙম্মরে। "হী অসিদি কাও-নিনা!
অয়েম্বদা ঐহাক্তি খোয়ুম মাবু চৈক্লরে,
চিংউ বায়োবিগনু।" খম্বা ভম্না খুরমই।
কাওরেন মাবু য়েংলগা—"খনেক নত্তে য়াংকোক্তি,
নাতোন নত্তে মৈহম্নি, মমিং নত্তে খম্বাম্নি,
খম্বান নত্তে নায়নি, মমা নত্তে হয়াইনি,
মখায় নত্তে চিংমায়নি, য়াংলেন নত্তে লৌরি-নি
লৌরি নত্তে চিংয়াংনি, মরেং নত্তে চিংথাংনি,
মরুম নত্তে লৈপুংনি লৈপুং নত্তে চিংহম্নি.
মখোং নত্তে মুন্নীনি, কজরেদা চাওরেদা ?
নিংথিরেদা শল-অসে। মমৈ সিনা নিংথিবা
লোইবী য়াংগেন মপুন-শুম চামোয়না কৈরেনি।
শল অসিদি পুয়গে খুমন লোইয়াং ভিনবদা
সিদা কনা উরয়োই লৈপাক অমি উহনগে।"
নিরম্রে, খম্বা শন-মুমু লংনরগে খনম্রে।
শম্না য়োরম্রিৎশৈন হাকুং অচৌ অচৌবা,
খুমন ইতোম শায়হনা মুক মুক মকুরকপহনে,
চেংশাং শাম্বী, খৈজংগায়ঃ লৈপুং অচৌবা অমি
শৈরে খুমন মনাক্তা খম্বা কাও-হু চাইয়রে।

তাংখক লৈতে কাও অদো ফুজিনক্লে থূবন্দা।
হাওরো কৈনোম কল্লাদে কাওবৈ মচী অহৃবা
মালেম লৈকন হাইগাইরে থুমাং খোংজি কাও-অদো,
কাওরেন ওইবা হোনবা কীবব পুম্বা তৌরক্কই।
মহ উরে' থূমন্দো নোকই —"নিংথি কবৈদো,
পলেম পম্বৌ অনিনা পাম্থি 'পাম্বা' হায়বনক
পাম্ববনি শল-অসি।" থনি নোংয়াই মতোমদা॥
পম্দে শম-হু, 'ওক-থু-শূ' চোংশিল্লকই থবদা,
লাইর পুং-হু নিকথরে "মহাদে"—হায়রে থম্বা,
লৈকম্র হাক পুম্বহ কাওরেন মাবু তমহূনা,
লংসিল্লরে। কাওহনা থংথংথং ইতোই ইতোয়।
হাক অমৈ মতুংদা হাক অমা, লৈকল-'মা,
মরি মরি শম্মরে—ইতোয়-ইতোয়—থংতোকই।
কাওগী মায়কৈ অদোমদা পুম্মন ওইনা মমথরে।
"ভীশিভোদা মিপাসে মীচম্মক্তি মংতরে।"
থমপ্রে কাওরেন অহনা থবৈ চৈথা কংবদা॥
থম্বন্থ—"কাপি য়াদে শল-সি শল্লা অমনি।"
থরে থুমন মবুক্তা পায়বগা লংসিনবগা
থংথং ইতোয় ইতোয়নি শম্বুন অমা পমদে।
থম্বা থুংলাই লৈয়ক্তে —শম, হেজল্লকদোরে॥
থন মামা "ঐহাক্তি চেনবা মত্তে থোয়ুমথা।
শাখী ওইয়ু মহোয়না কুমৈ কংকে তৌবনি।"
হায়না থবা শল-হুবু লংনমক্লে পাওহল্লে,
লংন-লংন-নিংহবৈ, কৈনোম তরেং হনথরে॥
"চুংহনা চংপানি চু-লাকপা থোল্লবনি,
মাইবী মাংলা তোল্লনি।" থল্লে, মনাম অকাং-পাং
থবা কাওগী মাং হূনা—চেরে থবা লাকলী।

"ঐদি চেনবা মজেকো কাওরেন নংবু খংজোও।"
চেনবদি ত.নয়োই খন্নখদে শন-অদো,
চেপ্পে হায়বা তাবদা, মমিৎ থবান নারন পাই,
মথোং নোংথাং ওইদুনা পরি মঙা তকক্তং,
মালং মমাং থাক্লনাগুম্বিবু তান্নরক্লে।
অয়াংব নিপা ওইবৈ খম্বা করি রাবিদে।
রারে কাওরেন মহাক্তি। লেপই শন হু ঙাহাক্তং
লৈহৌদে রে হায়দুনা খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা
শনবু 'য়া-য়া' লংনরে। শন্না অমুক শাওদুনা
পরি অনি তাক্সিল্লি, শন্না র'রে পোংথাখি ;
খম্বা অমুক লংনরে – স্নু'। লংন লংননা
কাওরেন মাবু পুরকে, অনি হুনা তান্নবা
হৌখ্রে উফুন ফ্রং ফ্রংদি। লৈপাক্কী উফুন মজে।
লমজাও মৈনা চাকখিবা অদুই তাংগোই মক্তনি॥
সিগী উফুন 'হুদনা লৈচিন নোংকাই ওইরকই।
কোরৌ নোংথোং ফুল্লকপা উন্নরক্লে লৈপাক্লা।
"কৈনো মতা অমনি" গেংনবদা উরকই।
"তান্নরক্লে খুৎলাই-উই পা ্পাখু।" হায়নখ্রে।
মমাং থংবা মথৈনা রারা রারা লাওনরে।
মীচোইথোকন্নু হায়না চৌ অন্নখ্রে লৈপাক্তো।
থাং-তা খুৎলাই পায়বনা ফুন্নখ্রে সগাপ্ পন্থাংলো।
"খপা চেনে – চেক্লনু মীনা ঙম্বা শন-ন.ক্ত।
থরাই মাংত্রপা লোইরে" – হায়নরক্রে লৈপাক্লা।
খুমন হুপী মথৈনা—"মোইরাং কৈদৌরিবগে ?
অসাইনা তারে কৈনো। ইন্নবদা খম্বসে,
ঙমদহুনা চেনকলে চক্লিক্লুনা খম্বুগী
লমজা মথরাই কন্সিনা' খুমন নংত তক্লিন্নু।

খুমন শাগৈ মচানা খবাই মাংবা পাম্মুইনা
কোয়ো মহান মথৈদি শাগৈ নাতে খংলমদে ।
খংজরি ঙসিতা কনবিহৌসি মহাকপু ।”
খুমন নুপী অঙাং লাওনয়কলে নিনখরে ॥
“অন্থুক জিংথি’ কজবা অঙাং সিবু পাম্মুইনা ।”
হায়না খুমন মহাক্কী নুপী অঙাং মথৈদি
খম্বা কমগে হায়হনা চোংথনরে পম্মাংদা
খুমন ’থৌবা মথেনা “হান্নু ঙাইখো” খাম্লিখি ।
“মোইরাং কৈদৌম্বিবগে” লাওনয়কলে চোংথরে ।
কেগে ভেংগোন অহনা চেক্সিনখরে লৈরাক ’মা
খগা মাগী মায়’কদা । ”লৈপাক ঙাইখো” হায়হনা
নোংমাই চেন্নাও লাওরকই । থোংলেন মমিং পাংলমদে ।
লৈপাক নিয়বহুদা মমিং প ংলে থোংলেন্দো –
“ভোজোনদদি চেন্দেনা ঐনা শোইরবনরা ।”
হায়না থোংলেন যেংবদা উরে মচাই মতৌদো ।
কয়িনো ’সিদে হাযনা খল্লহুনা থোংলেনবা –
“পরি ইবুংঙো মংবু ‘খম্বা চেনে’ হাযবসে,
ইপা তাবা ঙমদরে , চেন্দে, খংই ইপাদি,
মপা ইতাও, নমাবু পারি ’বুংঙো নিংশিংউ ।
নবাই-লৈ মপা ঐ লৈ অওইবরা শাজৌবা ।
চেন্নবদি ইপাগী সগাই য়োমদা” হায়রক্লে ।
“খুমন মোইরাং অজিমক লিন্দা কনু কায়রোই ।”
লৈপাক অনি লাওমরে—খোইরেন মশা পায়খরে ॥
খম্বগা শনগা অনি সগাই য়োগদবহু
মতম অসি লাপ্লবা পরি অহম মরিয়োম,
অত্থুবাইদা মবাংলে । খম্বা তারে খল্লকই –
“হায়খিমন্নু নিংসন্নু ।” লককু তৌই খন্দো । –

"মং.ঙমন্ত্র' ইপা কাগে, সিজ লোঙ্গৌ নহাক্না ;
লৈপাক অনি তাবিয়ু—ঐনা কারে ইচানা
ইচানা কারে ঐনা ; সিজ পিয়ু ইচাদা ॥"
হায়না লাওরে থোংলেন মাগী সগাই খক্তগী।
মোইরাং নিংথৌ মপুনা খুম্মে "পিনি" হায়দুনা
মপাই মধা তাবদা খম্বা চেল্লাও লাওরক্লে—
"খুমন, মোইরাং নিংথৌস্থ লৈপাক অনি খজাস্থ,
খংদবস্থ খংবিহৌ উদবস্থ উবিহৌ।
মুংজেং লাইজেং অপুম্বা লৈথক লৈখা লৈরিবা,
কৌজেং হারৌ কাওবস্থ তাবিহৌরো খংহৌরো।
ইপা ইকু ইবাইস্থ— নানই খম্বা চেঙদে।
লৈপাক উদ' উনবা খংদবস্থ খংনব
তাদ' পুম্বা তানবা,—ঙরাং,মুংদাং মে।ইরাংদা
কেগে কংলা পুংছদা, শন-কাগে হাযনা ঐনা,
নাশক-পদা লৈপাক্লা কাবগীদি, মফারো
য়েংনিংইদা কুম্মেদো হায়না শোৱে ময়াম্মা।
লৈপাক কুম্মে য়েংহনগে খজছনা লমজানা,
পুরকপনি শল অসি লৈপাক পুক্লিং তম্লিয়ু।
থেংনরগে কাও- অসি। লাওরে খম্বা মীয়ামদা॥
নোংমাই খোঙ্কম অহবু অমুতবু ওইখরে।
লৈপাক পুম্নিন নিনখরে—"চেন্দে হায়।" হায়দুনা।
লৈপাক উনগুম ইংখরে। খুমন অমুক হন্দুনা—
"পঙ্হৌ, ইমান, ইবাইবু ননাই খম্বা চেঙদে,
মীনা চানবিগনু। পঙ্হৌ থে।যধা মুংছগী
তৌনমি ইপা ইবুংঙো। কুম্মে য়েংবিননবা
কাওরেন পুথোরকপনি। নপ।রি। চেনবা মঙ্গে।
মানবী চিরেন পায়রগে পঙ্হৌ কুম্মে য়েংবিরো।"

খোংলেন মচা রেংনা "পারি 'দুংগো ইশায়দি
থংই চেন্দে হায়মলো মীতা চয়মফগী
লাওরুবনি ইশানা। ইমে ইতাও অনিমা
ইশা হয়েং শিয়গা পারি নগাও তম্মুগে।
কিরুগনু শাজোবা!" লাওরে খোংলেন মচম্মা।
"থুমন ইবাই লৈ, কিনু ইকু লৈঞ ইবুংগো।"
চাওবা নগা মচাম্নু – থুগন মাবু লাওরকলে।
রাহৈশিংসি তাবদা লৈপাক অনি শেম্নরে।
থম্বা ছঃ-হাইজিনথরে, কাংনা মুজিরকপগা,
অনি অহু মাকগ্রে। কাওগী চিয়েম অমিহু,
তাপ-পায়হুনা নমথবা কাওবেম মচিন অহুনা
মালেম লৈদা শেংথরে শন হু লেংবা তমদরে।
থম্বা শন-বু থেংনরে কাওরেন মচি পায়থরে,
লৈপাক রাবু লাওথরে। থুমন ইনগে য়েংবদা
কাওরেন মথোং মরিদো উচুক খাগুম লেংদরে।
কাওনা ইনগে নিংবম্মু য়ুম্বী গুয়া লৈখরে।
অনি খাংনরকপসি মতম তাজা য়েংনরে।
শন মথোং মরিনা কাওগী কীবম চেংখরে॥
থুমন মথুং য়েংচুনা কাওগী ওইরোম তাবদা
য়েংনা কং। ফারগা ওইদু কোংগোম থাবদা
থুমন মালা মুকপদা শনগী মচিন খুকংপা
কাওগী কিবম তাওথরে তাজা ওইরে, থুমনা
কাওরেন মাবু ইনবহ হাওরে। ফৈদোম অমরোম
ইরে শন-বু থম্বনা। কাওরেন তমা খাংবদা
কাওগী থুমাং থুমুংদা কাংথৈ মরি শৈথরে।
জুরি মরি তৌররে। 'হুদগী শন থম্বা,
মাবু অমুক ইরক্রে। কাওনা অমুক তম ইন,

খম্বা মানা অমুক-ইল ; অশুম ইন্নরকপসি
বাংলেন পুং অহুম কারে নোংয়াই মানা চেপ্লদা
লৈপাক অনি চেপ্লকই। কাওরেন মশা অপুম্বা
হুমাং পুম্মচোং চোংলক্লে। মচু ঙাংবা শল অদো
মুক্তক মুনা উখরে। খুমন মাস্থ হুমাংনা
পুম্নপ ওইনা লুপখরে। খুমন মানা "শল অসি
লৈকুং কোংকুং অমদা ইশুহুনা নমঙুনা
কাওরেন কাগে" নিংখরে, অহুই খুদোং যেংবদা,
কাওনা শিংবা হেন্দুনা খুদোং অসি পিদরে।
লাইবু থোইবা শন্নিনা নোংয় ই মখুং অনিদো,
কাওরেন মচি পায়বঙ খিংতা কোম্বা-য়াখিদে॥
অনি সিনা রানবা প্রানবু খুবাক হাপ্লরে।
অমনা অমবুদি লাকচৈ হাযবা ঙাদ্রে॥
খুমন মাগী মীচংনা লৈপাক অনি ওংরকই।
কাওগী মীচং লৈখিদে। মীচং যাম্বা মঙাইদো,
কাওগা যেংনরকপদি খুমন মচা মতোমনি॥
মমৈ-হুদা খম্বনা বারে ঙাহাক পোৎথাগে,
মুমদাং রাইদনা কারগে নোংয়াই বুদ্ধি তৌরক্লে।
খংইল ইল্ল খংথা যাই থাদোকপগা চোংসিনখি।
কাওগী মরেং অহুদা খুমন মাবু তাখরে।
নোংয়াই লেংজাও অহুনা কাওগী মকুম অংদা
নপ্লে কারে মকুমদো খরা মখুং অনিনা
কোন্নে খুবক চন্দুনা। খোংগী খুদোল অনিনা
মচি' মরু অনিদা খোংগী খোংকম কাখরে॥
কাওগী মৎক অহুদা পোথাখরে খম্বদো॥
কাওগী থক্তা হেক-তাবা হায়নরক্লে মতমদো
"খম্বা কাওনা লেংখরে হাইসংখরে মাংহেদো॥"

খদাংচেং লোয়াম্বনা কাঅং কেনা লৈরোংনা
ঙাংবা তাবা অহুবু শন-চুগী মথক্কগী;
ইনি হায়না ঙাংনরে। নিংখম মৈতোন তাবদো—
"ইপুং কৌরাক থাইখরে"—হম্মা লৈপাক লেপখরে।
খম্বা-শনগা থেংনবা মকম অসি লৈপাক্কা
খর লাপ্প থোকপনা অহুম ইম্নখিবদা,
মিংনা তাম্ব লমদি ওই, ফিথৈ লাকপা ঙম্নদা।
খুমন মোইরাং কপনখি খম্বা মাগী রাবনা॥
মপা থোংলেন অথৌবা মমিং অনি উইশিল্লি—
"ইচন ইতাও অনিনা শন কাবসি য়াওবিয়ু;
নচাই পাম্বল হাপ্লিয়ু খম্বা থৌগংলকপদা,
অমুত ইলু ইচম্না- থোয়ুম নংস্ম য়াওবিয়ু।"
হায়না ধ্যান তৌরহুনা কপ্পি সগাই মথক্তা॥
খুমন মোইরাং অনিনা 'থোংলেন মাস্ম কপই'-হুম,
উয়ে লৈপাক পুম্বনা। অশেংবসি খংবদি
থোংলেন মাদা মঙাই—মোইরাং নিংথৌ কপ্লরে।
খুমন নিংথৌ। কপখরে মহারাণী, হয়াইস্ম,
চুপী অঙাং কপখরে। "থোইনা অসাই উবদি
কাওরেন মাবু নহারা য়াম্না লাকচ—উবনি!
খম্ব করি ওইরসিগে! হৈনা নতুং ইনগে,
শানা লাংজেং নমৈরাই, খুমন ঔথোই লাক্লগে।"
কপম্রে মিনম্রে ইকোপ্তা অপান-সোইহু নিক্লরে।
কপচৈ হায়দ মঙাইরে লৈপাক পাংগন থোকখিদে।
কাঙবী শুম খংবনা কনা চোংথোরকতরে;
খুমনশিংগী মরক্তা মোইরাংশিংস্ম 'ধুমঙাই॥
"হম্নসিদা" হায়নবা অহু কাঙবা হায়নরে।
চুমিন চুমিন লৈনখয়ে। "কনবা ঙম্মগদবনু

কনা লৈবা হৌজিক্তা চোংলকও !" লাওনরক্লে।
কৈরোইজাম্বা চোংখোক্লে—"মসেন হৈনা ইন্নুগে,"
লাওজরক্লে লৈপাক্তা খুমন মাগী প্রেমহনা,
তাওরে লৈবা ওমদরে। খোঁংলেনবনা—"ইবুংঙো।
কৈরোইজাম্বা হাখিন্নু। খুমন মশেন অচুবু,
শিরে হায়বা অশেংবা অওমঙ্গ উদরি,
কাওচদা তোংহনদি চংলিবরা, মাহুম্ন
ওইকবনি মসেন্দো। লৈপাক প্রজা পুম্বম্নু,
নিংথৌ অনি তাবিয়ু। মুমিং তারমদায় কাওবা,
সিদা খম্বা লাক্লগা শিরে হায়বা খংলসি।
হাবিখিন্নু।" হায়জনা খোংলেন মানা খাম্নক্লে।
খম্বগী অরুম্বনা কাওগী চিন্দোন অচুনা
লৈপাক তানিং তাম্মনি মথা অদু লৈপাক তাই।
মথা পাংনা পুথগ্রে। শনগী মতুং অচৌদা—
কৈরোইজাম্বা ইন্দুনা পরি অহম মরিদং
য়েংই ঈদি তাখিদে। খোংলেন লালোই তাম্বনা—
"কৈদমো নংবো অঙাং লাও চংথোকখিগনু"
থামখি। কৈরোইজাম্বনা তম্মে খোংলেন চাওবদা॥
খুমন মশেন অচুগী ঈদি তাদে হায়বদো॥
খোংলেন মমিৎ উইসিনগ্রে অমুক্ত থ্যাম তৌখরে।
চাওবা তম্নাচংলক্লে—"ইতাও মখি তারিত্রা।"
খোংলেনবনা—"কনাগো ?"—ঐনি ইতাও মখিবু।"
"কনিগীগো মহাক্তে অঙাং মানগ্রেদা চাওবা।
ঐগী তোকোন থু্গাইদা"—"শাওনু ইতাও। বা হায়গে।
খুমন মচা—ইমাকপু, হায়জখিবসি চুম্বা ?"
"যারুলম্ন চাওব নং, নং ঐ কপ্প-য়াদেকো।
মমাক খুমন শিজে হায়! শনগী থক্তা তোংদুনা

পোথাবনিনে ইতাও ॥" খোংলেন মরা তাবদা
মবুক-দং তারে চাওবা,—"ঐনা নং৷ ফংবদি
তম্ফা খুদোপ। খোংলেনবা। পেনখরেদা চাওব-ঐ।"
হরাওজরে চাওবদো। "বাক্করন্নু নোংখোম্বা,
খম্বা শন-কায়রুনি চংলো ফম্মুরো চাওবা।"
হ৷য়বিখরে খোংলেন্না—মচা কৈরোইজাম্বদা
খোংলেন মপাও তম্মুরে, হরাওজরে অনিদো।
লৈপাক অনি উবদা— "বারে 'ঙ্গী চেন্নরে,
লমজা মাগী দমকতা।" স্নুম্না খনবিখিবনা
লৈপাক অনি কপখরে, হৌজ হৌজ হৌহুন৷ ॥
লৈপাক কন্নাগুম্বদি চেন্নখিবস্নু য়াওরে।
ময়ুম ময়ুম পাংহুনা—"কুম্মৈ য়েংবা লাল ওইনৈ।
চংকন্নুসি হায়জেদো নংনা নিংঙ্গাই চাওহুনা—"
চৈনবস্নু কয়ানি। মতা অমা ওইরক্কে।
চেন্নরকপদা নাও' খো। উরোক খোং অদো,
তেকলে; ইয়াইমক্তদা হন্নুবী 'মা তাখরে।
লুপঙ্গে ইরৈনা পুঙ্গে, লুপ ফেং লুপ-ফেং শমজিদি,
উত্তিন মমৈ মুক্তা শাং; লোইরে মীওইবশী-দি।
মহৈ মহৈ য়েংনদে—মাগী মাগী কনপ্লে ॥
লমজা'গী মীসিদি ইরোইবনি হৈনপ্লে।
ইরোইহুনা চংলকপা মখোং লৈপাক ফংবদা,
মবুক মোরে অহন্দো—মীয়াম দোমদা য়েংহুনা—
"থাইনৈ লৈরাং চিন্নমন—নাগাইগী খোংজমলা
শিংজন তিনমান্দো কাওরবরা মনাওবো।
চাংজো কাবা গুমদরে—মাঙ্গ চিংখংশিরোকো ॥
ময়াম অত্নু মরক্কে হন্নুব 'মা খোয়রক্কে।
লাকমিরমা ওইরগে। ইরেম চংজখিহুনা

লাৈবি চৈস্নু মজোম-দু, হুম্বী চৈগোন পায়জবে ।
হম্বীগী কায়থলে, চৎমিন্নখি অমিদো ;
ইচোৎ তোংলে অমদি—বানখ্রে নৈলপাকতো,
'মন্নু 'মপা মেংবজ্রে মহৈ মহৈ চেন্নখি ॥
অপাম-লোইগী মীনিক্তে উচিনাগী লমদমদা
তাবে খম্ব, থোইবীনা—খুমন চন্নু লাইরবী
'বাবা পান্নম লৈখিদে—মুজা পংকপ কন্নকই ।
মূজা বাখম তৌবদা—"পজেম পন্থো থাওদগী
তানিন্নবা ইপ্রানি ! কন্ত মুংদি থোন্নবা,
ইপ্রাই খুনম লাক্নি ! লাক্কে কবি তৌদবোই ॥"
খম্ব, রাখম তৌরকই !! মুমা মজা ইবেম্মা
পায়ম-হুজা য়ারকই খুমন মাগী দমজ্বা
ইক্রি চান্না কন্নকই—"থোইবী ইম্নুংলাংগীনা
খুমন ইকোপ-লাইপম-সোই নোংমাই লমদম অহুদা,
য়াইবী মাংলবরমে ! খুমনয়াইবী মাংলবা—
মোংমাই নদোম চৎকন্নু । লমদম পোংতাক অসিথেম
খুম্ন মীশা তাবা-চিং, মাজ ডাইবিরমখোকো !
মনাও তুংবু ইন্নকে । সিমি খংদ-কৌনিমা !
মূজা লেনবু হাপখিদে লুখুম সেজা তমখিদে,
নীরেপাক্তা চানবা, লোয়ুম ! মনাও পূরক্কে !
খংলেন ডাইবিরমখোকো ! ননাও লাকই ইবুংঙো !!
হান্নক মপোক অসিদা খংলেন নংগী সেমাদো
মনাও লিংবা থংজদে—ননাও য়াবা তানদি
লোয়ুনে মংদা ডাইবিনু !!" হায়জরকই থোইবীনা !!
নৈবা ওমদে থাজোইদো হয়া হনা কপখবে—
"খাক মনাও পুন্নিন্নু, নৈজবী হায়বদো
মনাও পাজ্জ্ন ,শানখিনী কপা লামবা ওমজরোই ।

শন্নাং 'মমা থোংবু-ওই, শম্বুম 'মমা পাম্বে ওই,
মান্না থুনোং খিদি হায় ! খম্বুং যোমরাজগী
নমবার চংবদা চংমিন্নসি ইবুংঙো !
নুজা ইদোম লাকপদি ইমেম ইকু অমিমা
খংবিরম্মোই হোরেন্দা । খুমন নয়ুম নাকচুদা
পন্নেম পম্মৌ চুংহৃদা চংজরকপী মৌনিনা ।
মাজ মহাক ঐহাক্কী থোয়ুম নোংদম থিবগী
মাবা ওইমা কাইনখি খংনখিদে শক-অদো !
মনাও চুংবু ইঙগে খিখিমনসি ইবুংঙো !!"
কন্নমথৈ কপ্পগা চুন্না থাংলেন মথুৎশু,
থোইবী হোরী শংখরে । নুজা সরি চেনমুংলোন্ন
শিন্নগেদি হায়চুনা ম্যাজ কিগৈ থিন্নক্কে ॥
লাইরবীও খম্ব না—"হাবিখিন্নু ইবেম্মা !
করি বাক্করিবগে ! ইপু ইনাই সুরিদো !
ইপুাই কিগৈ খংলগা খুমন হৈনা ইনখিসি !
পোকমিন্নবা ইপুানি—কন্ত-নুংবু থোক্লদি,
শোইরোই খুদম লাকনি । খুদম লাক্কে হাখিন্নু ।"
থোইবী মাবু খামজিনখি । থোইবী কম্প-তোকচরে ॥
লাংনা পাদম্বি কাংখন তাই, খোরি খোংলি চং-তাই ।
মণ্ডারক খোরি খোংলে. চং অহুমা মতারে ॥
মুন্না অনি চিংনবা ওথাক মথৈ কোকচরে ।
বাথৈ লোইবদি নাইদে । সুন্না অনি লোক্কই ॥

১২

খম্বু শম্না পুবা ভেম্না পন্নাং মৌরক্কে;
ইকোপ লাইদিগোম থেংলে, 'শজ খম্বু খাবি
লাকপ্প অমক হজিরে । মণ্ডাদি কাং-অদো

হাইগৎপহ্ ওমদরে। খুমন মোইরাং লাপহোরে॥
লমদম অহ্ উণ্ডাক্তা। "ঐনা সুম্না শন-থক্তা
নৈরবদি কৎতরে—শন্না-শন-শিং ওইখনা,
থেংজিন্নগা উসিদা ঐগী খুদোং চাররোই।"
রাখম ভোরে খমনা। চোংথরগে থিংখরে।
খুমন মাপী থম্মকই—"হৌজিক সিদা ইচেমগী
লাইর খুংনা লাংজবা তম্না চহুম অমতং
চাজরগা ঐনা—কাওরেম নংবু—যারৈদি,"—
কাওরেম মাস্থু থন্নকই—"লাইদিগোমগী সজিক-তো,
কম্বোং মনৌ থরদং চাজরগা থেংনবা,
য়ারগদি চুংশাইনি।" সুম্না থিংনৈ অনিম্ক॥
চোংথরগে তারহুনা, চৈ পাম্নদনা মখুংনা,
খুমন মকাঁয়েংগে· মাথরকই মথাংদা।
কান্নং থোরী থেংনরে। থগা মতু চুংলকই॥
মখুং ওইনা মপাগী নোংভা চৈবুন পারখরে।
য়েংনা শনগী মক মহ্ খুমন কন্না ইম্থোরে।
খম্বা তোপনা চৌংথোরে। সরু 'হুনা কনখনা
কাও খুরু খুদক কুপ্নি। চোংথবগা চোংসিন্নগে,
শননা মথোং খুরুমদাম্ন মতম মিকুপ অতুদা—'
"ইপা ভাংবা ভাইবিথো" খম্বা মানা কৌরকই
কাওরেম মাবু য়েংহুনা। শনন্দা থংলেপ লেপ্পকই,
মনা অনি থাংগৎলি তারে খন্নি—"কনানো?"
খম্ব মানা—"পম্মৌবু! হাংকে কোম্না হাংপিবু!
নচা বারোওরোই। বাদদি হায়জখিগে!
(রাহৈ অসি তাংদা "মাসি মীওং অমজি,"
তারে শন হু লেপখরে, খংগা চিংনা য়েংহুনা।)
পম্মৌ পোকপা ইপুদি—নিংথি-ওান্না পুংজোংবা;

পুংজোংবা—জোক নাটী—চিংজোম খমনব খবনা চোৎই—(চুংজোম্ব

উচিবাদা লৈহৌই।" হায়রক্লেদো খম্বনা॥
কাওরেন মানা—"ইবুংঙো! উচিবাদি ইয়ুমনি।
ইকোপ লমদম অসিনা ঈশিং চাওবা মতমদা,
ইপা' লৈদ্রো লমচুদা॥ নংবু শিরে হায়বদি,
ডাংমহৌরে লৈপাক্লা নচেম চুনা তারগা
বারমনি ইচাদি ইপা নচেম উনিংঙে,
চংসি নচেম মনাক্তা!!" হায়না কাওরেন মচিন্না
ইন্নি খম্বা মচাবু, খংজ্রি তারবু খম্বদি,
ভিডক ভিডক সুম লৈরে। কাওরেন মানা—"ইচাদি,
ঐগী ইরোল খংদরে খুমন ইবুংঙো চংসি,
ইপা নচেম উনিংঙে" হায়রে। খম্বা য়েংদুনা
উচিবাদি পাংদুনা কাওরেন মখোং থাংলকই।
কাওগী মতৌ উবদা খম্বা ভাব-চু কংলক্লে।
"পফো 'বুংঙো! ইচেম্বু! উনক্লসি হায়বরা?",
খম্বা হংই মপাদা—কাওদ্র লেপই অচুগা
খম্বা মাবু অমুক য়েং, উচিবাদা মুক-য়েংই।
মপায় ঈঙ্গিত উবদা খম্বা খংলে মাং-থারে।
মপায় ম্রক্কে থোরিদো লৌখোকচগে তৌবদা,
মঙক লৈখোকই; য়াদে—"নমা ইচন ইবেম্মা।
নপা ইতাও অনিবু কায়নরকপা কুইরক্লে।
লৌখোকমু।"তাকপিরে। কাওগী ঙকশম অচুদা
য়েংশিল্লরে খম্বনা। মপায় মমাং থাদুনা
নপা মচা অনিদো থোইবী খম্বু অনিগী
উচিবাগী মাইকৈরোম মীপা শনগা বারী শায়,
লাকএ মতৌ অম্তুয়া। খুমন মচেম ইবেম্মা,
নোংমাই মাগীদমক্তা রাজহৌবী থোইবীনে,
অনি দুগী অবাবা নোংমাই মবা তারগা

কোরুসন্নু খম্বনা কাংথোম্ থোনজা নাম্বিবা
খুমন মপাও অদুবু খম্বা মামা মেন্নক্লে,—
"ইচেম, ইবেম্মা অনি, নোংমাই ইপাও তাবদি,
মালং মৈমা মৈরম্বা কোরৌ মৈনা চাক্লম্বা;
অরা ছুইগোল লাংববু, মুংশি পোৎলুম থাম্বিরো !
লাব-থৌরেম-মৈবা-বু নক্লম্ববু কোকপিরো।
থোয়ুম মাগী নোংদম থোংকাপ রাবা মুরমাগে !
মপানপল অনিগী নুরায় রাশক কায়ররোই !
ইবেম্মপা ইচেগা নহোর অনি কুপানা,
কাওরেন মাবু ফাররক্লে ॥" পাথং শৈশক ওইমদি
উচিরাগী লমদমলোম মুমিং চিংয়া থাংলকপা
কোরৌ মেয়েম তৌবদা খুমন মামা লাওরক্লে ॥
খুমন মপাও তাবদা মুজা মচন মনিংদো।
কালেন মৈবা চাক্লম্বা রাকচিং উরেল ওইখমে।
খুমন চম্মু লাইরবী অসাই মথৈ থোইবীবু,
হাখিগম্নু হায়রুনা খুজেং পালোইনদুনা,
মুজা পাওমেন্নমই। থোইবী তারে,—"ইনম্মা!
থাদোকপিরো ইখুৎসে মচন জগোই-শাজগে ॥"
হায়জরক্লে খম্বনা "করি থাদোকউদগে।
খুমন ইপা লাক্লগা তমখিগনি থাদোক-ওই।"—
"করি হায়না ইনম্মা?"—"খুমন নৌপা খম্বদি,
কাওগী থুংতা শিরে হায়; লুখ্রা শক্তমনবা,
শিকাং-থ্রিতৈ অসিদা চৎচরনি হায়ব-দৈ;
ঐনা থায়, থনম্মি। হায়নি 'বেম্মা থাদোক-ওই"
- "কদায় চংকে হায়দনা?" - "অঙোমলোমদা হায়-
হায়নি।"—
"হায়না! মাংঙে মাংঙে হী:! ঐদি হাবম্নু হায়রদনা,





হায়বি-য়াকপিরুগম্বু, রাগ-যারুবদনে,
ঐনা হায়দে মহায়নি, ঐগী বাদি লৌবিয়োই।
হায়বিরুরম্নুগবা !!"—"চিমা পুখ্রু-সেন-শং,
যাকোংজদি য়ায়রোই।"—"কোংজয়গে ইনম্মা।
ঐগী তক্তা খুদোপ-সে তমুম নাইপুম লখানা,
নত্তে মমল কংবরু ইনম্মা! সি লৌবিয়ো !!"
হায়রে থোইবী খুদোংগ্বা খম্বু খুংতা শিবিরে ॥
থোইবী অমুক হায়রকই—"ইনম্মবু থাম্মা,
য়াওবিরেদো ঐবুরু।" খম্বু মানা—"কৈরেনি।
ঐবু প্লুমদি 'রেম্না! থাদে হায়নৈ—থাবনি।
কনা কনবা থাগ্রা; ঐথোইবুদি নুম্না,
থাবিদেরো ইরেম্মা! লৈরোইবা্রা সেনুংনা
মখুংথোইনা মমুক্রা।" খম্বু মুম্না হায়রিরে ॥
হয়াও হরিং ঙাঙোইদি মজাইবেম্মা থাদোইবু।
শিরুবদে হরকপা 'হবু রেম্না হয়াওনৈ।
মচন মনিং অনিয়ক ॥ নঙ্গিলক্লে খম্বদো—
মৌপা্ মশক উরক্লে। য়াবা মখৈ তাবিনৈ,
মালংবম পুন্থনা লৈয়াংশিংগী মনম্বু!
মুংশি হায়বা মঙাইবা লৈয়াং শক্তি উবদা!
পুক্লিং অত্তক মরুক্লমদে, লৈরাং মশক উরগা
পুক্লিং নোবা অতুগুম—খুমন মশক উদবা!
মুনা খম্বুই থমোইদো লাইজ ওইনা চেনখরে।
কাওরেন মশক উরক্লে খম্বু লৈবা য়াদরে,
নোংগ্লাংবগুম কুপখরে—"খম্বা ইপাদা দোব
তোরুম্বয়া নংদে?"—শন্না "ইমোম ইবেম্মা!
মনা ইবেম্মা মানবী! অনিতবী ঙাথৈ মা
ইপা নংবু কাওরবে, নহ নিংথৌ অসিদি

ইতাও মানগ্রে ইবেম্মা !" হায়রগা ভাবনা পান্দৃবীদা
মমোম খম্বা লেকউরে। কাওবী খুমাং অনিদুবা
খম্বা শোক্ল-মকোক্লা মমা শৈদ-কুম্বানা
খুনমহুনা কপখরে। কাওরেন খুমাং অনিনা
কুহ্বরকই মঙোন লোয়ক্লৌ চেপ্প কোরক্নে॥
খম্বা ভবা হোৌপৎলি—"পম্বৌ 'বুংঙো কুনবদু।
কমিদোরবগেনে ? নপাকিগা কাক্কবা,
নাবা মতম ওইহৌই। পংম্বৌশক্তি থংনবা
নপাবিনা পংহুনা ! 'পাবু দোষ ভৌবরা ?"
চৈফম য়েংই খম্বা না। কাওরেন মাবু চিংথৎলি—
"পম্বৌ কৈদৌরবগে ?" মুরা খুংনা নানজরকই।
"ইপা করিস্ম তৌদে।" খুম্মি মচাই বাহুবু।
শনগী 'মোংপা নাম্বোকই—নিঙেঙন থম্বী মায় ভৌবী,
লাকোই লভং কংচরে। কাওরেন 'হুমা—"ইতাওদি
ইচন ভাথবৈমস্থ চারিগত্রা নহোয়বু !
চাসি লাকউ কুম্মকউ !" মচন মতাও কৌরকই।
কাওরেন মাদি কপ্লকই। চারে শম্মা পোং অম্বু॥
থোইবী মাদি মতমদো থাগ্লপ ফম্মি হায়রকই,—
"ইনম্মদি কত্তেদা ! ইপা লাকএ থোইবী নং
নকোক খুম্মু ভাকপিক্কে। শগম নত্তে কপইনা !
কায়বা মাদে—সিননি॥" থনম্বুনা থোইবীনা—
মুগা ফীহুপ অমনা নুরা মকোক খুমহুনা,—
লকোই লভং থম্বিবু—থাগ্লপ থম্মি কংলগা;
"ইমান 'বুংঙো লৌবিরু।" হায়না নুমা খুরদে॥
থোইবি' মশক উবদা শম্মা সংত্রিক য়েংঙকই।
শম্মা ঙকই—"কমানো ?" থম্মি থোইবী মায়াকপু।
খুয়ম্বদৈ থোইবীনা—কাওবী মকো উবদা,

"ইকু পুক্লিং ফাবিয়্ শাওরমাল্লে ইনম্ম !"
হায়জরক্লে খম্ব্দা। খম্ব্ মানা শন-হুদা—
"ইপা ভাঙবা ! ইপাবু কাওরেম কোঙ্গময়মন 'হুনু,
লমজা খম্বা নচাদা মপু থোইবাং নিংথৌনা,
যুবরাজ মনাওনা পিকিগনি হায়রিবা ;
চিংখুবগী মযোয়োই। মজাইবেমা কোলোইদি
থোইবী কৌই পঙ্খোবু। লৈরাং ওইবী অসিনি !!"
হায়জকরে মপাদা। কাওরেম মানা খংখবে।।
জগোই শাদে হায়বদা থাকখ্রে শম্মা হবাওবা !!
ওহ্নোকপনি ইবেম্মা পিরু-লমচৎ খংলবী,
চাওনা নাওদে শাজবী, পোকচবনা তম্পাক যুম,
চাওরুবনা কোম্নুংদা বেগে লৈপাক অতুগী
মিংকী কুম্মৈ ওইজবী ভাঙোই মজা ইবেম্মা
কাওরেন ময়াং অতুদা মকোক খুম্মি থাদোকতে,
তৌই লুন-কিনমক, উখিগমি নতানি'
থোইবী ঈঙ্গিত তৌহুনা মাঙ্গ খম্বা কৌথোকই।
"থংলেন মাঙ্গ থোইরোইবু ! নমাও করম তৌজোগে !
য়াওরি হৈদি খবদং"—"কবি হেমো চাসিরা !"—
"করম তৌজো হায়বগে, মহি ওইনা হাগদ্রা ?"—
"যদৌনাল্লে মহুনা।" তাকপিরক্লে থোইবীদা।।
লমেন কাইদি মপান্দা পানবা লিবেন লিথম্বো,
হৈরি চরোং অময়ং লুপা চাইসেন হুংহুদা,
হাপচিনখয়ে থোইবীনা উচিবাগী তুরেন্দা
যুরা কুমথখিদনা মকু পুম্বা হন্দোকখ্রে।
লাইজ মযোন সংলক্লে ; পুয়ক্তনা ইবেম্মা !
কথো নঁরে নদৌওম ভাংদাকবী কজবী,
থাওদম মানবী তথাংপী অগনি নানবী খুৎতুনা,"

হৈরাং অহু মেৎচরে—মক মপ্রাম হুন্দোরে।
মহি ওইনা পিরুরে নোংমাই হৈহু থকথরে॥
পাম লাপ্লে লোইথরে চাবা থকপা অপুম্বা।
"ইচেমগা ইবেমগা" হায়দুনা খম্বা চৎপ্রে,
লৈমথোং-মন্নুংদগী চিংখ্রোকউরে হি-অহু।
খুমন মচন মনিংদো—হরাওরে হিদা-তোংপ্রে।
মুংডাইবগী ইপাক্তা কেগে লোক্তাক হিরমদা
মোইরাং মাইকৈ পাংথরে। খোংয়াই-মানা মপাদি
কাওরেন ভাংব-পুদুনা লৈপাক অনি ভিমব লম
অপান সোইবু পাংলকই নুমদাং মাইরম অহুদা॥

## ১৩

থোইবী খম্ব অনিদো নিংথৌ' লাকপ লম্নীদা
হপ্পরকই মতমদো, হরাওখরে থোইবীনা।
অহানবদা হি-অহু খম্ব মানা হোল্লকই।
থাদোই মানা—"ইনম্মা! হি অহু অমুক্তদি
হেৎপ্পগেদা ঐহাক্না।" হায়জরকই খম্বদা।
খম্ব মানা—"ইবেম্মা! ইনম্মা সুম মহোনগে।"
য়াম্রে থোইবী শৌ অহু লোরে খম্বই খুৎতগী॥
মালং লিরি শিৎপনে, এন্সম চরাং অহুনে,
হৈকক য়েল্লী অদুনা লাইজ মথক অদুদা
হেক মাই নৌনা কাবমে। নুমদাং মাইরম ওইবগী
কোয়ৌ মপান অহুম্বা মৈচাক হল্লকপহুনে,
লাঙেও থাদোই মবুক-ভো। নুম্না থমোই লৈকোন্দো,
লৈরাং লৈখম কয়ানা শাৎলে লৈরাং মুগাইনা॥
অচিকপা চিংগী লোক্তা তাম্বা শিংনা খোংবগুম
লোক্তাক লমদম অহুদা নুম্না লৈশক অম্মক্রে—

"ইনেমগীদি ভাগ-ছি ইকুপীনা থুমেং-ছি !
হায়মঝক্কি ওইজরে, চম্মান কৌসি কনায়রো !
হৈবান মৌপাদি হায়রকদা, হৈথোং মৌদি শাকদা !
মনিক কৌখম এংগম লৌ। মাকয়ৈ শংহু তাখিবু !
মোয়্ুই সাথী লইহিবু। ঙসি কৌবা কোমৌ-দৈ
থুমন মৌপা ওইরগে ! নোংয়াই মংদা তিন্নগে !!
ইরাই লৈম তাখিবু—লোক্তাক নংহু থংবিহৌ।"
ঙুরুনা মদি হায়রহনা হরাওজরে, পাওমৈজে ॥
সুংঙাইমনখমক্না হোঙ্গ্রে হি-দো হিরমদা,
কৈয়েং তুরেং হোন্দুনা শাগত্নুনা লৈথোক্লে।
থুমন চত্নু পোক্লেম্বী —"যৌরোইদোবে করম্নো।
শাওহল্লগে" থরক্লে। "মজাইংেমা করিনো !
বুদ্ধি তাখিত্রবোইনা !" হাযবিকরে থম্ুনা
থাদোই মামা থয়্ুদা "হাইমা ! ইনম্মা কৈনো !
ইনম্মদি ঙাওরেনা।"—"করি হায়না ঙাওরিবা ?"
"অঙাওবী ঐগী বাসে— ইনম্মা মুক্তা,—য়েঙেঙো !
অসিনিনে, মচল ঐ ঙাওবা লাকপা নুংচদে।
য়াম্না বুদধি তাজরি। অশেংবনি 'নমদি,
থনবিদ্রেতো অমুক্তা ! মাবদগী সুংঙাইবা,
অপিকপদা চাওরকপা সুংঙাইদনা ইনম্মা !
মাকরেদো ঐহাক্তি হৌজিক সুংঙাইরেদনা !
মিঙেঙোমনে ইনম্মা ! অপাম সুংশি থুংবদি
সুংঙাইদনা করিনো ! সুংঙাইজবে ইনম্মা !
শানখিসি কৈদৌগে ! মৌপ্‌াথোইনা থুংলবা,
ঙাইখিসিরে ; ইনমা থুংমিমসি ময়াম-ছুম ।"
হায়দহুনা থোইবীদো তুম্মাশিংগী হি অদো,
হোনজ্রে ইরেন লেপথোক্লে। থয়্ুমানা "নাংঙেলা

কয়ো সিদে" হায়দুনা—"থোইমু কনাগীদমক,
হরাওরিবা ইবেম্মা ?"—"কন্দি যানো ইনম্মা।
চিংনা কোয়বা অসিদা থোইমু কনাগীদমক,
হরাওরুনি ঐসিদা।' অহুনিংথৌ ইবুংঙো !
মাগীদমক নিদনা॥ শিন্নিরুসি লাকপনি,
হিংজরেদো হৌজিক্তি। কাওয়েন মাযু পুথরে,
ইপা ইপন অনিনা ঐবু লুহোংবিরুনি,
থুমন কাওকাযনহুনী। লৈপাক অনি মাংহুদা
মুজা ঐবু পিরনি ঙসি কোয়ৌ অসিদা !!
সিদু শোইববমনে ? মুংঙাইজবে ইনম্মা॥"
—"ইপাইদমক ওইরেকো ?"—"হাইমা ! মাদি ইনম্মা !
চাকথোং কৌম্ভু তৌবদো, তোরুনিদো ইনম্মা !"—
—"মজাইবেম্মা হরাওমু 'হুনী মক্তা ওইরদি।"
—"কম্নিগীনো ইনম্মা ?" হায়—হি হোনবা হেক লেপই॥
—"ইনম্মা শাওরবরা, কদি তৌরবগেনে ?"
—'মজাইবেম্মা ইপাদি, মোইরাং য়োককখিদনা,
থাজদরে ঐহাক্তি "—"কন্নিমনো ইনম্মা ?
কদি তারকপগেনে ?" "অভাবা যা লৈদনা,
নাসোন ওইনা হায়রম্মি। মচেম-নিনা ঐঙোন্দা !!"
—"কদি হায়রম্বগেনে ?" "কেকান্নো ইবেম্মা !"
—"হায়বিবুবা ইনম্মা ! ঐবু মুংশিত্রবরা ?"
—"যান্না মুংশি ইবেম্মা, হুনা হায়দোক নিংদেদা !
মুরা নুংগী অরাবা মজাইবেম্মা উনিংদে।
ইমুম মোইরাং য়োখিসি হুগা কোম্না ভানসি।
ইনম্মা ছিহু হোঙ্গগে। নৌহু পিযু ঐঙোন্দা।"
—"পিজররোই ইনম্মা ! হায়বিযুবা কৈদৌগে॥"
"মোইদাংঙদি য়োখিসি।" "হায়বিরোদা ইনম্মা !

মোইরাং য়ৌর' কৈদৌনি, হোয়েন তাকপিগদম্ব
ইনম্মনি, অদুগা তাজদৌবা অদুম্ব,
নচন ঐনি কৈদৌগে ! হায়বি-ৱোই-নি ইনম্মা !"
তানিংখরে থোইবীগী। খম্ব থবাই বাসিনৈ
—"হায়নিংদ'বা তৌবনি ওম্বোকপনি ইবেম্মা !
মরম অসি প্রমান-চাই, নুঙা ঐখোই অনিবু,
মাগা লাকখিমরগা হায়রা চংলো হায়দুনা
থাদোরকপা অদুনে" হিদু হোন্দ্রে থোইবীনা
খমগী নৌহু পায়দুনা লোকতাক ময়াই অদুদা—
তাওনা লৈরে হি অদো। লাইরৈবাক্তা তাংলবী
তাইবংলক্তা থোইরবী নুরা অনি অদুনা।
কেগে লোক্তাক লম্বুংশি মোইরাং পুক্লিং হুম লম
লমদম ছুদা লৈবদো—অউবনা ঙকখরে
অতাবমা খৌরাংই। থোইবী মানা—"ইনম্মা !
হায়বিরোবা কৈদৌগে ?"—"হায়রিসিনি ইবেম্মা।
কাওরেন মামা ঙাওবনা - মাবু কিনবদগী
ঙাবু চাখিদরেদো খুমম হায়বা লৈপাক-সে।
চহি কুনবু হেনখরে অম্পুপ বারকপসিবু
ইদুনিংথৌ খম্বনা হন্দক কাওবু ফাবিরে।
হায়া হায়নরমাল্লে, ঙাবু-পিজ মন 'হুদি,
লৈপাক তংখাই অমবু পিনি হায়দো ইবেম্মা !
অদুই মথক পোৎহাপ্তি খুমন লৈপাক অদুগী
ইমুং লেম্ব-সজিকুম ইংনা লেম্বী হয়াইমু,
পিশি হায়নে ইবেম্মা ! নুপীজাদি ওইবনা
'দুক হাক্লা মুরম্বদি তাহনদেম্মো ঐখোইমু,
'তুনা মোইরাং য়ৌরগা তানসিরা হায়বনি।"
—"অওইবরা ইনম্মা !?"—"অতুম হায়নে ইবেম্মা।"

--"খুমন নিংঙোন অতুদি লৌন য়াদে হায়বদায় ?"
—"কন্নি য়াদজরুনি নিংথৌ মচা মসেনবো ;
মখোইনা নিংথৌ 'নোবম, ঐখোইনা অন্নিবনি।
'হুনা ইপু ইমাইবু হান্না থাদোরকপনি।"
ইমু ই বাসি তাবদা মুন্না মজা ইবেম্মা !
মিংসনা খম্বাল-লকাদো পি তয়ং তয়ং চেল্লি।
সোর থবেং থবেংলি ! খম্বু মানা—"হল্লোদা !
'হুনদি কদাইদগী মুপী লোনবা য়াদগে !
লিন্দা লৈজখিদ্রেদা !" থোইবী মানা—"ইনম্মা !
চংলো ঐদি তোনখ্রেদা !! 'মংপাক তয়েংলক মুরে,
হান্দক থুংগনি' হায়বা পাক্লিশিংগী মরাদি,
নৌনম্বোইরে ঐঙোন্দা। মুংডাইবিহৌ মোইরাংদা !
খুমন চন্নু হযাইন্নু ! শকন্ত চুদা নিংথিবী,
হায়নরিবি মহাক্নি। চৌবা নিংথৌ মচানি :
মোইবাং ইপায লমদমদি খুবাক-খুজোক অমতা !
মতম অম্লুক কুইনদি নোংয়াই লৈমিন্নজবা !
মোইবাং মুংশিখিদ্রবোই—খুমন ইবম হায়বনা
হেনখবোই হৌজিক্তা ! কৈদোকনি হৌজিকপো !
হুঞ্জরবোই মোইরাংদা শিহৌরগে লোক্তাক্তা।"
থাদোই শিগে নঙঙক্লে—লোক্তাক লাই খুরম্লক্লে।।
লাই নয়াম্না নোক্লকই। "চোংথরকউ, হঙ্গংকে
নংম্মনা নত্তিং কোং, তুম-তিংল-শারগা ;"
হায়না লাইগী মখেদো লোক্তাক-তুদা লৈরিবা,
লংনরকই থোইবীবু। "ইনম্মা ঐদি লোইরে,
য়ৌবিরোকো মোইরাংদা—" নুন্না সনা খুৎতগী
নৌবেন অতু সিন্নরে খম্বু মাগী মথুৎতা।
"তৌহু তৌহু ইবেম্মা।" থাম্মি খম্বু থোইবীবু।

"হায়বিরম্লু লাইরবী খুমন চম্নু চংলোকো "
খুরমখরে খম্বদা। :"ইবেম্মা নখিংদি"
হায়রিররে খম্বনা। কাগি নত্রে থোইবীদো,
লাইজা মকোক কংখরে চোংখরগে হায়তুনা
সরং থাজ লখাগুম মপুং ফাবি মাইথোংদো।
ইমুং শিঙেন শিংগুম্না পিনা পূমচোং চোংতনা
লুমাং তাবা শম্নাংনে লুকখররে থাদোইনা!
"লাইজ ইবোন মুংশিদা পাপচেন্নবী ইকোক্না,
মাদেম নৈথোম অসিদা নৈশিন্দুনা শিরগে।"
হাইখরকপা মক্তদা—খম্বু মানা চেন্সিনখ্রে,
লাইর খুংনা ফারুরে—"দং ইকাইদবি সিগা!
খুবাক্না খজাই সি-দনে হেক্ থাবুনে মাসে!
মচিন মৌপুবানবু লৌনৈ হায়ব-রন-হায়!
মীওইরোইন-হাই-নংবো! তৌথোরক্ল-পংইবা
ঙাংথোরকপা' শিংইবা ইকাইদবী অসিদি!"
থিনা চৈরে থোইবীবু খাম্মে মথুং পায়হুনা॥
খম্বুই মরা তারগা অমুক হেন্না কপখরে;
নাবা পিশক শিংহুনা মমাই তম্পাক অহুদা,
তুমপক চেপ-চেপ হিগুবা থোরাংলবা, মচিন্না
অমুতম্বু মায়োক্ল নবা মথুং নাম্বনা,
থোমলাং নামা-পায়জবা, মথুং নামা-অহুনা
পলেম মাবু কোজবা—পলেম মায়োক্লবগুম,
সুরা ঙাঙোই ইবেম্মা খমোইমবুক ঈংখরে।
থোয়ুম লাইমী মখৈনা অনি-মতৌ উকপা,
মুংশিখরে, সেনখরে' কেগে লোক্তাক জমদমদৈ॥
কপ্প তোক্লে থোইবীদো—"ইনম্মা শাওবীরম্লু।"
হায়রা খম্বু খুরুম্মী। হৌগংলকপদা লোক্লে,

মুন্নায় মমিং অহূদা মপি কংদরি ।
"হল্লো কপ্লোক, ইকাইস্থ ইকাইদেদা করিনো !
খেমন্নবদি মীসে খেনম, নমই; হায়বদো ।"
চৈবিয়েদো, খম্বনা । লংনবিরে নোকপিরে,
থোইবী মানা হোল্লম্বা হি-চু খম্ব মানা হোল্লক্লে ।
কেপে য়োরে থুংখরে । খম্ব মে'পাগীনা,
চান থক্ক লাংখরে । নুরা মজা ইবেম্ম ।
অরাম তম্পাক যুমথগী নাকন থোংদা কাওজিনখি ॥
মমাশিংমা থোইবীবু থিরকপা মতম চুমক
থোকউরেদো তাঙ্গাদো । নমা অতৈ অচুদি;
মতম ওইরে হায়চুনা মপাইবুংঙোই দমক্কা
লাংই অচা অথকপু । মুজা মমা তোন-চুদি,
লৈরাং হেক্কে হায়চুনা মনিং লোমদা থোরকই ।
খেংমক্করে থোইবীগা "হাইমা থোইবী কৈদেনো ?
খোইরাই হৌই হায়দ্না হিপই হাযবা নংনবু !
ভাং-তৌরেনা নহাক্কে ! য়ারে য শংঙাইশিংগী
লমচং চংলে নহাক্তি ! চংলেদনা শন ফাবা !!"
মক্লাইবেম্মা থোইবীনা—"তানিং ম ইমাতোন ।
খংত্তবা কা হায়জম্ব । শন ফাবধু এৎনবু
চংপা হৌমবরনে !!"—"চংলম্নবদি থোইবী ।"
"চংলম্নগা কমদৌনি ?"—য়ৈচু' ঙাই'না কৈদৌনি ।"
হায়না মমা তোন্দুনা বাঙ্গোন পুথ্রি মপান্দে,
লকু চনাম অকংবা অমা পাক-হেক পায়খংলি ।
থোইবী—"ঙাইখো ইমাতোন । সে। চেংকবোক চানবা,
চংজুবজিনে ঐদে ।"—"মমাই ঙাংইবচুদি ?"—
"চুদি সিন্নি কবোক্কো পোকপা হৈত্তে কনাম্ন,
ঐনা পোকই অহূদা মৈশাননি ইমাতোন !"

"চরাংসিদি ?"—"লাংদোন্দে পক্লকপনি,
লোমদা কাওরকপহৌদা।"—"ইচোৎ চোৎপা চরাংবু
পককদবো লাংদোন্দা ?"—"লু-থু খশিং হৌজিক্তা,
কাপ্লিবনি ইমাত্তোন।"-"লৈখোমসিদি করিব্নো ?"—
শল-লমদৈদি য়েঙওা। শথোক্লুন্দা ঐ খোংসে,
পুৎথরুরে য়েংউ সে "—"থাজদে ঐ, বাশকউ।"
চিনগী কাংক্লে অহুদা থাদোই ফাব-ওমদরে
বাশকউ-হেক হায়বদা থোইবী চেম্ফম লৈত্তরে।
মোম্মোন মোকই—"ইমাত্তোন। ইপা' লোই হায়বগি,
ইমা কৌই নচানা। কেগে লৈমরোন তিল্লি,
ইস্থং ইমান্নবা ওই লোইনবিনি নহাকপু।
মংনা খংই হু'ঙাইদো--নচা ঐগী কাদদি
খুমন মস্লাই মৈ-হুবু। মোংয়াই মদোম করম্না
থাদোকসি হ'য়হুনা চৎলুরেকো নচা ঐ।"
থুজা মমা তোনহৌদা হায়দোকউরে থোইবীনা॥
থোইবী মাবু পোকচবী এংখুরাংবী মমাদি,
মনাওহুপা মচাগা অনিহুনা ঙাংনবা
তারম্মোইরে লুমহুনা - হন্নাওরকই মবুক্তা।
থুজা অনি অহুবু মচাই মচা ওইন উই।
থুংশি এংখুরাংবিদো- অঙাং মতৌ উবদা
লম হেনখিবা তারেদো, কিহল্লগে খন্দুনা,
লুখুমদগী মাচৈ'মা পলেম, ওইবী শৎলক্লে।
নিঙোম কাদা চংখরে সেম্মু মাবু চৈরুরে।
"মংদি অসাই লৈ হাযবদ্রায়।" চৈরয়ুগা থোইবীনা,
মাচৈ থাংগৎলহুনা—"তাককনুক। হায়রক শাই
কয়া তৌব ওমল্লবা, ইমাইপেন্বা ইকোপ্প মাও
ইহুরিবা শ ।-কাবা।" চেক্লিনক্লে মমাদা।

"কদায়দনো ইমাদে ?" থোইবী কাপি তৌরিরে।
"য়ানি মচা য়ৈগেনে,"—"য়ৈয়ু হোৎরেন্দি শোইদে,
ঈপুবোকথোই য়েরেদো, নহোয় লোইনা শোইরেয়ো
মমা ময়াম অতুমক থোইবী বাতা অতুদা,
য়ৌ য়ৌ লাওই হেৎরকই—"নংনা ওকচদরগা
ইপাম য়োত্রা ঐখোইনা। য়ৈয়ু য়োং লমহেনবি সে।"—
—"য়ৈরবদি মচৎলে !"—"করি থৌগী চৎকনি ?"—
—"য়ৈরবদি পোম্নেদো, কংলয়োইদো, মায়েদো !"
থাদোই নচাই মতৌদো ইচাও চাওনা মুংশিরে।
"নাগে নাজে কৈদৌনি।"—"ঐদি পাবুং তাকনি।"
"করি হায়না ত কনি।"—"করি হায়না তাক্তনি।"
"করি হায়না ? লমহেনবী।" "ঐনা হেনবা সিদি-লাই,
ইমা থোইনি লুরি'দি।"—"করি থৌগী লুগনি,
করি হায়নি নহাক্না।" "লৈজে ইবাই হায়জনি
ঐবুদবু য়ৈরদি শাইদ্রে হোরেন পাবুংনা -
নহোয় থোং খোংপা য়েংউ ! য়েরে নপাম নপাময়া ॥
"থয়োনহায় তৌওম্বি।"—"হয়োই ঐদি তাকনি।"
"করি হায়না ত কনি ?" "হে জিক নহোয় তৌবদো ?"
করি-তৌই ঐখোইনা ? —"ঐনা চৎথোকখ্রিদ্রেদা
সেমুনম তুম্মিদ্রে—পাখং তরামুক লাকই !
খুং'হাবী শান্নবদো, ঐনা তাকওইদয়োইরে।
হোরেন পাবুং লাকপদা ডাইনি হোজং থোকতনা,
নহোয় খ্বাইনা তমখ্রিদ্রে ঐনা হাম্না তমখোকে।
ঐখুদিনে য়ৈবিরোই অঙ তম্মি হায়হুনা
হায়জিনবোইরে ময়াইনা নিংজগনি, ঐনসু
হায়জিনবনি হায়গনি। য়ৈহনগনি সিমখৈ,
ঐনা কুম্নে য়েংগনি। সেমু। কুম্নে য়েংসি হাই।"

মনাই সেন্নু কৈরক্নে। "অওইবনি ইবেম্মা!
কৈদৈ হায়রিজনবমোনে ইশেং শেংবা তৌবনি।"
—"হাইমা ঐদি ফাগিনি, তৌদ তৌবরা সেন্নু।"—
—"করি বানো হৌজিক্তা পাবুং লেংঙক্লগনি
হায়না তাক্লোকপ্রিবনি ভাবা হৈবা ওমথিক্রে।"
হায়রিজনবিরে অমিগী মরা অসি তাবদা,
ইবেমগী বাসিনে কিরে মমা ময়ামদো।
মমৈথুদা থোইবীনা "ইমা য়ৌবীরগন্নু।"
হায়জরক্নে। মমাশিং হরাও হরাও য়াবিরে।
—"য়ৌবিররোই 'থুদি নং- কাওগী বারি অহুবু
তাগে ঐখোই, নহারা লীরো শিংথদমথৈ।"
—"লীগে থুদি ফম্মরো।" হায় কোযরে থোইবীবু।
মজাইবেম্মা ভাঙোইদি লাইবু থোইবি থোইবীনা—
"বসন্প য় জয় মুনিনা হায় তাং জনমেজোয়,
মহারাজ "হায়থুনা হৌখ্রে কাওগী বারিদো।
মুরা "সঞ্জয়" ওইখরে বারি পুম্বা শিংখরে।
মমা ময়াম হরাঁওরে— রা মাগী অউন পোৎ
থমখরে মমাশিং হায়নৈ অপাম অপাম্বা।

১৪

অরাম ভম্পাক যুমলোমদা থোইবী বারি হেংখরে।
থাদোই মানা য়াওরকপা মুরা অনি হল্লকপা,
লৈপাক অনি তিনবদা থম্বা মানা চংখিবা,
কাওরেম মাবু চিংথুনা অহু ফাওবা লীদোরি॥
থুগী মতুং তাবদি— লৈপাক অনি তিনবগা।
তৌনখিবা পুম্বাদি য়াওরক্লেদো থোইবীদো।
থুমন মানা শন-থুগা অনি থুনা থুংক্রিরৈ

লৈপাক অনি য়ানখি,— খুমন নিংথৌ য়াথরে
মোইরাং নিংথৌ য়েংলনা—'ইতাও 'হুংঙো ভাবিসি।
খুমন ইপা-চা 'মনা শন-দু কাগদবনি.
ইতাও নিংথৌ, খোয়ুমগা অনিমক মপাওনি।
শনগী পান্থ লাকইদো। খোয়ুম গুনগী, ইতাওগী
মাথং লৈপাক তাক্কদা, চৈরু কীগাও শাহনা
মাজখিদো ঐহাক্না। য়ারম অসি কোংদোকপা
মোইরাং মাইবী মান-নিংহায়রবদাইনে ইতাওবু?" –
মোইরাং নিংথৌনা "মানি।—"মতুং হুরা?"—"ইতাওবু।"
"গুন-লৈবা অহুগুম্বা পামজৈ 'হুবু লৈজদে।
—হাইগত্তুনা নরাইবু পুখরেদো কাওহনা।
মতম ফনা কুইথরে মতমগী সু হেন্দেদো।
পুংদি চারে লাক্করে, ইনাও শিরে নিংজরে।
মাসিনা য়া অমনি। মাইবী য়াস্থ তানিংই।
মাইবী মর লৌরগা ইনাও মরু থুম্নিংই।
থিগে নিংলে ইনাওবু– সরু মচেৎ অমতং
ফংজরগা ঐ সিনা ইনাও সংস্কার তৌগে।"
য়াকম অসি খুমনগী, মোইরাং নিংথৌ তাবদা,
তাংজ লৈদা লুকখরে। "ফজৈ তম্নকমনিদা"
হুয়া নিংনৈ ময়াম্না। মোইরাং নিংথৌ খুম্নকই –
"ইতাও 'হুংঙো চুমইদা তম্মুম নোংবান লৈতরা?"
– "ইনিংথৌবু মনাই' লৈ।" হায়না নোংবান চোংথোকই,
নিংথৌ অনি মমাংদা। "ইতাও মাইবী লাকচরে।"
তাকএ মোইরাং নিংথৌনা। খুমন মানা– "ইদাইরেব!
তৌথ্রিবদে থংদো। খুদম মতং য়েংসিবা!
ঐগী বুদ্ধি শুইহেনে?" তাকপিখরে নিংথৌনা
নোংবান—"অজ্ঞা"- হায়দুনা নোংবান কীক খুমখরে।

লোয় থৈরে—য়েংশিন্নে- লৈপাক মাংলা "চহাক-চুকপা
"খম্বা" অখবাকচুদা লেংঙ্গে শন্না পুথরে।
অহুমকপু অশেংবা সিনি-হুনি হায়ররোই
থয়াইনবা থুম্মগে।" খনঙ্গে, নোংবান কীরুলো
হাইদৌরকই সং-হেক্তা থুমন, মোইরাং নিংথৌদা
"মপু 'নিমক ভাথিসি" – "হায় হায় ইদায়য়েম।"
—"মনাই ইভাও অসিবু, সেং-লাওবগী খোঙ্কমতুম,
মউন শেল্পা চুম্বদা, মক্‌থেকপা চুম্বক্স
শৌর্খ লাওবচুপ 'মগা তারে ননাই ঐহাকপু।
শিরমখদা মতারে—অসিমকপু লাইশিংদা
খংদে মীনরসন্থ। সুংশিঙ্গবা মরুপ্পি।
শিরদে মরু থুনগে - শিন্নে অতে' পাংউগে।
ইভাও খোংচুন লিরুগে, পাংগন হন্ত্রি ননাই ঐ।"
হায়রে নিংথৌ অনিদা। নিংথৌ অনি প্রজাগা
অভা মথৈ চাংনরে --"কজৈদনা নোংবান ও।
মরুপ মাল্লি।" থাগৎনৈ। "করে চংলো থিরুরো।"
নিংথৌ য়াথং পিবিরে।। শামু পাংকী পংথোং-লোম
লাকএ নোংবান অপাম্বা খম্ব থিনি হায়রম্বা।
কাওরেন ম গা খম্বগা অনি লাকপা উররে।
"ঐ শোইরে, হী: লাকএনা। মাইথী চিঙ্গি হায়রবি।
মাইবা হাংহৈদে হায়বা লৈত্তে, থুমন নিংথৌবা,
হীংদু হায়বদা ঐবু কনথিনবা লৈররোই।
ঐ-কৈ শাগে, কিহুনা খম্বা শল অনি অসি
চেঙ্গয়নম্ব হুগা, শনসি ঐনা কায়গা,
কংলবদি হিংগনি।" খনঙ্গে। নোংবান চংখলে,
ইরোন-থাদা "কমথরে; পাম্বা শারে জোংবানলো।
"ইপা[illegible]পায়জনে থৌম্বী অহু নচানা"—

হায়রুহনা খম্বনা থোইবী অহ পায়রুহনা,
চিংই মাকই অনিদো। নোংবান মপা য়োবদা,
নোংবান নাপী থোম্মকই। খম্বা অতৈ থক্লখিরে,
"ইপা পোকনি" হায়না কোল্লিঙ্গরে থোইবীদো,
ঙেন্না পায়রে শন-হুবু। "কনানো পাম্বরা? ঐ,
খুমন লমজা ওইবনি। কাওরেন সিনা হাংখিবা,
খুমন ইপা চা শিংলা? পাম্ব-মাবু ঙন্দুনা
লমন খুমগে লাকপরা কাওরেন মাগী কাহুদা?
লৈপাক ঙাইরম্নগনি! তৌবিন্নু চৎচগে।"
লমজ্জা মানা খুরম্মি। কাওদো মনা চপ-য়ুংই!
নোংবান খুহুম অহুনা দমদম লৈদা ফুরকপা,
মিকই লমদম অহুমক। খম্বনা—"হী: কৈমিন্না,
পাম্ব-মংবু কনানো? খুমনা, থাম-ঙাম্বরা?
পুরাংনা য়েংউ য়েংউ।" হায়না উৎলি খম্বনা,
খুবাক ময়ি কৈ 'হুদা। কাও 'হুদি শাওবা থেংলে।
"খুমন ইকোপ লমদমদা অস্তুক কুইবা লৈরবু,
পাম্বং অমা থেংনরে।" থংঙৈ খম্বুরুদা।
'লমজা ইচা খম্বগি য়েক্লবনি! ঐখোইবু,
মিকনপেলি তৌবোইরে। ইচামস্থ কিবিয়োই,
কিরবরু ঐ কিদে। ওক-থ -শূ" কাবই শন্দো না।
খম্বা মান্না মপাদা—"ইপাইবুদো শাওনিঙ্গনা
পাম্বা হায়বা মহাক্তি চাম-লাকপ্র চাম-নি।"
থানিদ কাওরেক অহুবু। নোংবান্না "আ:-উম" লোঙই।
"ইবুঙো ঙাক কনবিয়ু।" হায়দা ফায়টেক থকনি।
শন্দি কি-কি কাম্মকই। থোইবী চেৎন-পায়হনা
মপা খম্বরা-থংরে। নোংবান অহমলক-রোংই।
[illegible] গোংউরপা নোন থরকপা নোংবানগী

নাত্তোল লুনৌ অহৌদা ছপ মতোঙ্গা থিজুরে।
নোংবান হাকথি থল্লকই। খম্বা মানা—"করিনো!
হাকথি থজি পাম্ব'সে, তাইবং মীবু মানপ্রেদা!
পাম্ব-তাংপু হৈ-হায়কো—কাকন্থু থোংই হায়নৈকো!
চুম্বা তাইনা কৈ ওইরে।—পাম্ব! থাদোকপিয়ুকো।
ইপা ভাংব-পুজগে।" হায়জরকই নোংবান্দা।
অতৈ থন্দে খম্বদো শন্থু শোকনি হায়বা,
মাপ্রে'তুগীদমক্তা। কাওরেন মাদি শাওথরে।
খম্ব-মাংদা থারম্মি য়াখিদরে শল অদো।
মচাই মাংদ হেংগৎলে। কাওগী নাত্তোল অহৌনা,
ভারে ইথৈ থম্বু—"ইপাই 'থুংঙো য়েংউকো।
ইপা কুম্মে ভোগেকো। নংদি থংক্রমাম্লেদো।
কৈ নৈতেদো ইকৈপসে, নংগী য়েক্লবা মীনি!"
ইঙ্কিত অম্ব ভৌরমই। কাওরেন থিনদে পাইসিনপ্রে।
কাওবু শোইনি হায়বনা পাথ-থরে লমজাদি।
মাথোকথরে থৌরিম্থ। "ইভাও ঐনি শন থাম্মু।"
লাওরে নোংবান চেল্লকই কাংনা প্রপ্রপ তাম্নপ্রে।
ঙকপ্রে খম্ব-উবদা। "ইপা ভাংব ভাইবিথো।"
হায়না খম্বা চেল্লিল্লী। নোংবান মুংগোমদা ভারে।
নোংবান উপনা তাবদা—কাওনা চোংসিনখিবনা,
নোংবান লেংলক অনিদা নেৎলে খুমাং অনিনা।
"মচাই য়েক্লবা 'সিদা লোইপে ওসি কোরৌদা"
হায়না কাওগী চিরেম্না নোংবান লুরেন হাইগাইগে,
হাইথরকপা অহৌনা নোংবান লুরেন অঙ্গগা
শোকজিং শোক্লিং ওইবদা খুমন চোংসিনখিত্তনা
কাওগী ঙক্তা থাংইবা কাব্রং থৌরী লি তোম-পাম,
চিংথোকথরে শল-অদো। নোংবান কুকু-হেক হৌগৎলি।

খুমন মানা কন্নবগী শিবা তারে মাঙেঙদি,
থ্‌ কখিবগী অহংগা খুবিং খুবাই ঙইবমে,
থোরি 'হুনা কনবনে কাওগী তুংদা নোংখান তায়।
কাও'হু ভম্না লৈমিল্লি, সংত্রিক যেংই নোংবানবু।
"লাইবক খৈদো নং-ঙসি কনবিরেদো ইচান্না,
ঙসি লোইগে নিংবনি।" থমখি শনহু মংক্লা।
—"হাই হাই শিরমগনিদা"- "হোয়নে ইতাও শোইরম'মি।"
"—কিবরা যেংগে হায়না তৌরুবনি ইতাওবু।"—
" কৈদগীনো ইতাওবু! কাপি তেৌবা য়াবদি
শন মতে থক তৌবিনু।" হায়রে খম্বা—নোংবান্দা।
নোংবান নংগন অহুদা শনগী খোংনা নেংখিবা;
হুগী অনি জ্বরা ওই। মাইরে· মুক চাওনা পোখে।
খুজিন মচেং চংখরে। কাংগী খুজিন, খুমাংগী
উন শা চংখ্রে মরক্তা। নোংবান মানা—"ইতাওখু!
ঐ চিংজগে হোইবিষু।" হাযরে। খম্ব —"তোবিনু
ইতাও। শন-সে, য়াইগল্লি। শক থংনদবনে, ঐ
অমুমা চিংজগে ইতাও!" হায়রকই। নোংবান্না' মুক—
"শক-থংনরেদনসে, য়ানি ইতাও চিংজগে।"
হায়রে। খুমন মহাক্না "করে ইতাও চিংবিয়ু।"
পিরে থোয়বী লীতোন-হু, চিংই নোংবান-শল-অদো।
সুকলেং লেংদে, খম্বনা "ইপা ভাংবা চ· পিসি।"
হায়খৈ য়াদে লেংদরে চপ লেপখরে ংবদো৷
নোংবান হমাং তামথৈ িংই শন হু চংতরে।
"থিদা শম্বুম অসিদে।" চৈরে নোংব ম কাও'হুবু।
কাওরেন শাওরে মবুক্তা—"শম্ব্‌ ম ঐনা তানবদি
চেন্নি কন্নি মহাক্তে। ইচায় য়েক্লুবনিদো।
অসাই ইচা' কনবিরে। অচিম থিরে দোষ লৈজ্রে।"

ওক-থু হায়না চোংসিনখ্রে। লিতোন থারে লোমজাকপা
চেন্নে কাওনা তাম্নরে। "পম্মো মাংঙে" হায়দুনা
খম্ব অঙ্গম্বুন্দা মপা ঙাংবা থামখরে॥
"খম্ব নহদি করিনো! পারি খুংঙো কম্মনখ্রে।"
হায়রিংঙাংব মচাবু। নোংবান অহুম চেনখরে॥
লৈপাক অনি তিনবদা—"কৈনো কৈনো নোংবান-ও?"
[illegible]খরে হংনরে। নোংবান পুন্দ্রে হেক ভুরে॥
"ননাই ঐ প্রাণ চাকখরে।" নিংথৌ অনিনা "তম্মু!
কৈদৌরবগে নোংবান?"—"শামু পাংত-ননাই ঐ
খুমন ইতাও কৌজরুই 'হিংলবদি খুম্মকউ,
শিরবদি খুম্মগু!' সুম্মা মরোন হায়তুন।
খুমখিরে ননাইদি। শন-'দো লৈরম্মি, খম্ব
মাবু শাওবদগীরা লুম্মম্বোঈরে অহুদা।
ইতাওদি তেরা 'মদা কাহুনদি লৈরক্নে॥
ইতাওগীনি হায়বগী মানা ফানি হায়রনি।
ঐদি করি ভমগনি। খজহুনা ঐহাক্না,
থেংনজরে ইন্নরে। চেপচিংদনা শল অদো,
লোংনা নমই ঐহাক্না। মনাতোন্দা খুহুম্না
ন্নরে কাজৈ, শন অদো ইলেক লেকথরে।
ঐনা কার' ভুংহুদা খম্বা চোংথরকতুনা—
'খুমন ঐগী ইশম্মি নংনা পুবা যাবরা?
মুমকীহৌরে কাওহুবু—।" নোংবান পাওহু তম্মখরে।
লৈপাক অনি তিনবনা—"করি নোংবান?" হায়দুনা
ভরং লাওথি মীপুম্বা, ভক্কথরে রাতাদো।
মায়ম পুম্না তারগা খুমন নিংথৌ মপুনা—
"কেগে লৈকোই মপুরু!"—"করিগুম্বা ইতাওবু!"—
"[illegible] চংই হায়রিবা নোংবান হায়বা ননাইদনা।

মাসিম্নিকো ইতাওবু।"—"ইতাও'বুংগো নমাইনি।"—
"চিন্দোম লৈত্তোন ফংগ্রেদা - শোইরোই মাইবী চংইনি।
অসাই অমা হায়খিবা, হৌজিক অমা হায়বরা !
শল-মুহেল্লোই হায়বসি' করি রানো ইতাওবু।
ইতাও' ননাই ঙাক্তনি মুন্না বিচার তৌবিয়ু।
সাগৈ মচা ও সিনা লাল্লম্নলদি নৈ.
হিংনিংদরে ইতাওব খুমন পংদা হল্লরোই॥"
হায়বিরকই নিংথৌনা। মোম্বাং নিংথৌ রাথরে ;
খুমন মরা তাবদা "ইতাও 'বংগো ননাওগী,
খঙ্গে মরা তাখিসি।" খামথি খুমন.' মোইরাংনা॥
বুদ্ধি লাম্বা ফংনদে পুমণক ওইনা ঙকনপ্রে।
ঙাইনৈ খম্বা মতাকপু খুমন মাইকৈ যেংহনা॥
হায়নরিউঙে মক্তদা কাওরেন,থুব চিংদনা
কাওবক্লে খুমন মচা। মতাও' নোংবান' য়া-হুদি,
খংত্রি খম্বা মহাক্তি। "নিংথৌ অনি ফমিমকা,,
কনাদা হান্না কংপা।" খল্লি লকক তে রকই॥
নিংথৌ অনি মরক্তা উচুক অমা যংইবা
'গুদা শন হু পুক্সিন্নে। কৈরোইজাম্বা মবাইনা.
তাক্কে হায়না সগাউৈদ হেক কুমথরকপমক্তা.
মপা থোংলেন কাওবক্লে— "ইপাই 'বুংঙো শাজোবা।
নিংথৌ অনি তিনবগী পুগা কংলু শল অত্ত।
'তুগা নংদি ঙাইখোদো ফম্মুখিন্ন নফমদা।
নশাদা দণ্ডি লৈন্নি।" হুংশা থিরে খঙ্গদো,
মপাইগী রাহু তাবদা॥ "লৈপাকী মপু অনিমক
শন পুক্তরক্লে।" হায়না কাওরেন কংলকই॥
থাগংপিরে খম্ববু খুমন, মোইরাং নিংথৌনা॥
মোইরাং নিংথৌ লেংসনপ্রে— শন হু তুমুম অমতা-

তেক্কে ঙামদে থোয়রমদে- ঙাইথো থামই খম্বু ॥
খুমন নিংথৌ মপুনা,- "পায়ম-তুজুংগন্নুকো,
উঙোই পুক্রিং লাংগন্ন।" হায়বিরকই মনাওদা ॥
খম্বা শম্না লৈবদে, কাপ 'মা তই 'নি হন্দোকই,
তুমিন কমজে মতমদো ॥ মোইরাং নিংথৌ মপুনা,—
"ইতাও নিংথৌ হায়বিযু। খুমন মোইরাং অণ্ডবা!
কুম্বিরকউ মযামতু ঐখোইদা তৌবা য়াদে।"
খুমন নিংথৌনা- "ইতাও। তৌবিযুকো ইতাওমা!
মোইরাং নরৈপাক্লিদো। ইতাওগী থোকই। হায়ব-হ
ঐদি কংখ্রে লে ইখরে।" হায়রে মোইরাং নিংথৌদা।
"ঐদি লোইরে ইতাওরু। মরু মযাং শাওত্রবা,
অশিবগা লান শোক্লে—"সিনি 'না খংবদি ॥"
মোইরাং নিংথৌ খুম্মকই ॥ মোইরাং অংোম নিংথৌম্নু,
পুখ্রম নোংগোন অঙ্গা খোয়ীফাবা তেহ্লবা,
ঙাঙৌরাকপা, ঙংখেম লাকপা, ওকচিল্লাকপা, তোলোং
খোংবা, নাইজ লাকপা, পোংলেন খোম্বা, য়াংউ জাম্বা,
থাথ হনবা, লাংগ-হনবা, চেংলৈ হনবা পুম্বা;
য়াওস্রি মস্ত্রি ম দদি, সগাইদা পাও তাংনা
লৈরি থোংলেন ফমতুনা—সম্বেং তাঞ্জো শিবশিং
ফম্লাই' মথৈ সুখরে লোইনা হুপ্না—চংনখ্রে ॥
খুমন মায়কৈরোমদগী মুবা কাকপা চিংখ্রে ॥
ময়ামতুনা "কোয়ানবা তম্মু তয়ুম অসাইদো,
নংনা তম্বা পাও অদো— নতাও মাগ্ন তাসন্নু।"
হায়রে। নেংবান পৌন য়াই— 'ননাই ঐহাক তমজনি,
য়াংলোই রাহৈ অমতা, হেন্সু হেক্লোই লৈপাকপু॥—
শামু পনগী লমদমদা ননাই ঐনা য়োরগা,
'শিরে খুম্মরুগন্নু শিত্রে ইতাও খুম্মকউ'

হায়না কৌই ইতাওবু। খুমখিদরে ইতাওদি।
তেরা কাম লৈমায়লে।। লুপ্পখায়ে শন ’সিদি,
মশম্নি হায় অহুম্গী ইতাও কাসন্থু হায়বা,
’থুতম্লীনি শন-নংবু ’না কিজকদন্না,
হায়না নবাই ঐহাক্না ইমৈ শনসি, চেপচিংনা—
লোংনা নম্মে কাজরে। তৌ-মরাগী থৌরীনা,
শন সি চিংজরকপদা – ইতাও চোংথোরকতুনা,
মুনংত্র ইশম্নি হায়না। ইভাও খম্বা! নক্রদো?
হায়ন্নিরোই ওইদবদি॥” হায়না নম্মে খম্বদা॥
খম্বা পুক্রিং থ্‌ক্লম্বা কোকে বাহু তাবদা,
পায়ম চিবুক সুংদুদা মোম্লোন-নোকই খম্বদো।
মপান থোংদা মমিং তু কেক খানা য়েংঙকই।
লৈপাক অনিনা উয়ে -মুকম মুকম ঙাংনরে॥
খম্বা ’সিকাও রা-ঙাংত্রি। নোংবান ঙাংবা রাঙাংদি
মিংনহা চেন্ন-ঙাংই। সম্না তৌনরিদ্রৈদা
খুমন নিংথৌ নায়োন্দা পাও লোন্না সৎথাখরে।
খুমনশিংনা মোইরাংবু মরোম মঙা থোক্লদি
কোয়প্রে মিকুপ অত্থদা। চাওব খোংলেম্ভা থংই।
মোইরাং কনা থংখিদে। অনি ’হুদি হয়াওরে
কৈরোইজাম্বা পেঙ্গরে– অহুম অদো চপমান্নৈ
“খুমন হায়বা লৈপাক্তা থম্বৈদমক শিগ্রগে।”
মাবু নিংথৌ হাপতোকে খনগে ধর্ম্মে মথক্লা।।
খল্লি সুম্না মতমদো। খোংলেন ইঙ্গিত তৌরকই—
“খুমন নিংথৌ হাখিন্থু নবাই খোংলেন লৈরিএ!
ইচা কানি শিগ্রগে॥” সুম্না খুমন নিংথৌদা॥
খুমন নিংথৌ হাখিদে থমখি চেকসিন্না সুম্না॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—“খুমন সনা ঈ খম্বা।

চুম্বা করম'দৌই ?" ঐদু লোয়বা লৈমাবা।
মোইরাং নিংথৌ ইং'গ্ঙো খুমন'লকোই মপুরেল'।
নোংয়াই শিঙখোং পুরিংলোই মগ জনি তাবিয়ু।
ননাই ইতাও নোংবান লৈ— লাকই হায়বসু খয়দে?
খম্বা শিরে হায়হেৌবা ননাই ঐহাক তাজরকই।
শনগী খজ্জা চো খংপা মতমতুদা লৈপাক্লা॥
পোখাজবনি ঐদি। তেবা পঙ্গাংদি য়েঁরে,
ঐবু শম্না পুরকপা, পাংগন হংগ'লবদা
শনসি কাঙ্গে, চোংথজে। ঊচিবাগী লমদম লোম
লাকচবদ: ঐহাক্লা, কৈ শাহনা লৈরম্মি,
ননাই ইতাও নোংবান্না শায়ু পাংকী লমদমদা,
চানা নাবোন খা'মদা॥ মাপী খোমই ঙংঙকই,
খৌদৌ অহু উমদা খংজরুদে ননাই ঐ,
পাঙ্গংগইয়বোই খজে, পায়ম তুজুংই উংগোই
পুক্লিং বানা খুরমজ্জে। শম্দি শাওই মতমদো,
খুমাং হোৎ-খুমুং কাওই। শন-সি খাম্মি সেয়জে॥
শন অসি চেংসিনম্রে কৈগী মাংকৈ তমহুমা।
ইতাও নোংবান ওইরমমে; শন্না তানবদা তুরে;
শম্ন-সু মেৎপ্রবনি। ঐনা শন-সি চিং'োকচৈ।
ঙ্গয়া ইতাওবু কল্লে। অহনগী অমুক্লা
শল অসি চিংবিগে হায়রে ইতাওনা চিংঙে।
শন্না খাঙেঙ, ইতাওনা খাংই হায়না চৈরংরে।
শম্না স্নামুক শাওহনা অমুক্লা ক্লনা ত গৈ—
ইতাও খৌরি পাংনা চেনখ্রে অহুম পল্লমত্রে;
ননাই ঐনা শল অসি লীতোন-পায়দনা খামহৌই॥"
হায়হনা নোংয়াই মনা চিংখদে লোইনা অম্মে।
"নিংথৌ কৌমু বিষ্ণুজি উবিগনি মপুনা,

চেনখিবগুম্বগীদি শংতম তামবিরম্বরা! "
অতৌবদি অসিনি।" হায়জরগে খম্বনা॥
সুঙ্গ মথৌ মরা তাবদা খুমন ময়াম হৌরুম্না
নোকই, খুবাক খুখরে—মোইরাং মথৌ তুম্বিন-লৈ॥
মোইরাং নিংথৌনা—"নোংবান! লমসি য়াম্না লায়রি।
বিচার সুইদো শোংগনি, চুম্না খুম্মু কোংয়ানবা!"
নোংবান মানা—"ইনিংথৌ! মনাই ঐদি অসিনি।"
হায়রে নোংবান লেপখরে, মমায় খিৎতা লাংসিল্লে।
"খম্বা শেংনা হায়ুকো। লমসি য়াম্না লাম্নরি!"
হংই মোইরাং নিংথৌনা খুমন মাগী কাদম্ব।
নোংয়াই লমজা ইকাইরে 'ননাই ঐশু মাসিনি!'
লমজা ওইবৈ হায়রগা ননাই ঐনা লানগল্রা!
সুম্না কনি হায়বদু সন বুদ্ধি কৃপানি।
খুমন লৈপাক মাং-সিদা ননাই খংগা ইকাইজে॥"
হায়রে। বা সি তাবদা খুমন নিংথৌ ময়াম্বা
মপু পুরিং হুংশিরে। কম্ব-য়াদে হৌগংলে—
"ইতাও! বিচার অসিবু লোইরবরা ইতাওবু।
লোইরসিদা।" হায়রকই তক্সিল্লকই খুমন্না।
নিংথৌ লৈনা হেংঙকই—"ইপু চাওবা!" —"মুকাংম্ব!"—
"খোংলেন মতাও মন্নিদি? বিচার য়াওদে কবিলো?
কৌরকউমা কৈদৌরি? ইপু! কৈদৌরিবগে?"
কেপে নিংথৌ মপুগী য়াথং তানা খোংলেমা—
"ননাই ঐ আম-তুক শোন্নি।"—"ইপু! কুইনোই অমাত্য।
শনবা য়াররোইদবো?—"ননাই ঐ য়াই ইনিংঙ্গী!"—
"হৃদি বিচার 'সি ইপু মন্নি! খর তৌবিয়ো!"—
"কনানা চুমই 'হুদে থিবিয়ুনা মপুনা!"
হায়রে খোংলেন চংলকই, তাংনা তাংনা মতোমনা॥

মপু সনা য়াথংনা "নোংবান! ভম্ভু ইপুদা!
—খবা! হায়ু তাহল্লু, শিংথকদে অমতা।"
হায়রে মোইরাং নিংথৌনা। থোংলেন মানা—"তাই-খংঙেও!
ঐ ইনা পন্নদ, ঐদি পংশিনগে হাযহ্বনা
পংনা তাসিন্নদবা। লোইন তারে অসাইনা;।—
নোংবাম "ইমান ইবুংঙো। খংা ইপা ইবুংঙো।
—মহোয় অনি' হায়ববু অসি অসি নংতন্না?—
—মানি চিংংদরেকো?" খুমন মোইরাং অনিনা।
"চুপ্পে চিংথত্রে" হায়রে। মোইরাং নিংথৌনা "মংনা
হেন্না ময়েক লাখরে।"—"লাদনকো ইনিংথৌ
থংনবা অনি' র‍্যাবু হংহ্বনা বিচার তৌবা
হৌনববা ইবুংঙো! মদোম চেনবা হায়'হ্রদি,
চরোং পান্বিল্লু য়াংই। মানা মান ঙমজবা,
হায়নবনি হায়সন্নু। সাথি' মরা তারগা
ভোন-হৌনৈ বিচার দি!" হায় বাসি তাবদা,
ঙক্লথরে ময়ামদো। "কনা উব-য়াওবগে?"
হংনবদা ওইদরে—উব কনা য়াওরমগ্রে।
"ইপু থোংলেন করম্না?" মোইরাং নিংথৌ হংলকই।
"পোক্তী নেংলি কাই, চেনগ্রে 'সি মঙই নংতবরা?
ইনিংথৌবো?"—"হোয়—মানি ইপু থোংলেন।"—
"অভুবা নিপা সিগী থবাক খুকউ অনিদা
লৈঙাং শকপন্না য়েংউ। শনগী খুজিন খুমাংগী,
শউন শকপনা য়েংউ!" থোংলেন ইয়েন তাক্লকই॥
থোংলেন বিচার সিদা থাগৎনখি, ঙক্লখি।
লৈপাক কন্না মাংবদি অরাইবনি হায়নবা
চুমগ্রে অশিংবা 'মা মাংবা অরুবনি হায়বা॥
শনগী মথোং য়েংউরো হায়নৈ য়েংবা ঙমদরে।

খোংলেন মানা—"ইচানা ফারওবা শননবু,
মী শোকপা হোনবরা? কাওরেন খুদম পিয়ুনা।"
নিংঙকপদা শন-হনা কম্থোরকই মখোংদো।
কাওগী খুমা--হুদগী নোংখান মাগী মউন-দো,
চোংখোরক্লে; তারক্লে থুমন মোইরাং উনখ্রে॥
অঙোম ময়া কুমখরে—বিচার অসি লোইখরে॥
ইরোই লোইরবা সিদা খুমন হাওমু য়াবরা—
লৈপাক মাংদা লাওরক্লে—"অসাই কুমৈ অহুদি,
পেঙ্খোদরে লৈপাক্লা অমুক হন্না য়েংনিংই।
লৈপাক করি হায়বগে? মপা শকপা মস্থিনি।
নোংখান মাগী মগুনস্থ য়েংসি," হায়রে লাওনরে।
নোংখান চোংথোরক্লুনা- "লৈপাক অনি তিনবনা
থৌজানবিয়ু ফাজগে।" হায়না লাওরে খুরম্মে।
খোংলেন মপা য়াখরে - থম্বা মাস্থ হরাওরে।
—"ইতাও মনিং থুংনবা তেবিসি"-দি হায়জরে॥
মরাক ময়ুং মান্নবা পরি অনিগী লন'থু,
খান-পল্লোন খাখরে লৈশাংথেমনে ক্ষেকময়ে
অনকপদি থুম্বগী খাগী জাং তু যাল্লুরে।
খুমন নুপী মখৈনা মহ রাণী হযাইনা,
চিংলহনা অনিনা ভারত নারী পর্ব গুম,
হোরে থাম্ব য়াদরে—নুজা তেম্নাং মথুংস্থ
পায়রে লোইনা হৌখরে "লমজা থম্বা মহাক
কাওরেন-খানা ফারগা করি য়েংপা হেৎতিকপু।
তেরথা শন-দু অমুক করি তেংগী ফাগনি।"
লাওরে লানবু হৈরক্লে থাম্ব য়ামশিদরে।
মোইরাং নিপা কুম-মঙা শিয়ে হাংলে নুপীমা।
মোইরাং নিংথৌ চোংথোক্লে খুমন নিংথৌ অনিনা

খুমন মোইরাং অনিগী কম্নাইবগা হৌদুনা
খাম্বে খম্ব-য়াওয়কই। খম্ব-মানা লাওরকই—
"পলেম ওইবী অপুম্বা। ইচম ইচেম খিবিকপু।
খুমন মংগী মচানি খম্বা ঐগী চোপপদি,
খুমন নৈপাক চোপ্পনি। ওসি ঐনা মিজবা
পিনবিয়ু খাই সিনা।—অহানবনী বিচার'দো,
মীগী বিচার কৌইদো। অকোনবনী বিচার
খোযুম লাইগী বিচারনি। য়েংবিখিসি অমুক্তা।।"
খাম্বে নিপা মবাম্না। নোংযাই খোম্ফম তাবদা
খম্ব-মানা খাম্বদা লেপ্লে নুপী মথৈদো।
অঙোম ঙাক্তা ওইরম্মে মোইরাং শিরি মথৈদো।।
কেগে ইকোপ লমদম মোইরাং কুনগা মঙানি,
য়াইবী মাংগ্রে নুমিৎতো খুমন নুপী লান-থুদা।।
পন্থান কৌবী লৈবাংমা নুরা মশক উবদা
ইকাইদুনা লাইজদা শাৎখি লৈরাং কুমদুনা,—
নিংথিজবী হবাইন্দ চোংথোক্লুনা লাওখরে—
"অঙোম মচা নোংযাম্না কাপ্পবদি কাখরে;
ওমনদুনা অমুকা কায়বদি খুমননা,
খুমন মমাই পাকপনী জগোই শাগে ঐহাক।।"
নুরা মতৌ উবদা থাগৎনখি নৈপাক্না।
নৈপাক অমি কাখরে ইকোপ সগাই মথক্তা।
খো'লেম মানা শম থুদা - "ইতাও ঙাংবা নরাক্না,
য়াক মীচা থিক্লদু অরাবদি নিপাবু
দত্তি পিনে। শোইদানা।" মেনে শনতু থাজিনহৌরে।।
থৌমী চৈরম পারগুম নোংবান পনমুং চংলক্লে।
নোংবান পোকপা মপান্না—"পাবি নোংবান হোরেম্না
লেম্পক্লোকা লৈবদি—" হায়রুবদা নোংবান্না—

"হিয়া নোংবাম ঐনবো।" হাযরে নোংবান মপান্দা ॥
কন্দ-নশ্তে নোংব পো হৈত নশ্তে হৈখরে ॥
কাওরেন থাজিল্লপগা, নোংবান মশক্ উবদা,
"ইচায় কাদা যেংপগী" স্থুম্না চাওরাক নিংঙমই।
ঙাখৈয়েমা মথুংনা তারন্দি থেঁ রীদো,
লৈথোকখিবা অত্থনা রাংলেন মীকুপ ফাবদা;
হান্নেগুম্না ঙাংখরে। কাংরেন খুমাং হোংহুনা—
"মানবী চিরেন অনিনা খমোই লাযুম তুরগে
ইমু ফিরাক খাইরগে লোইরগেদি।" নিংখরে।
নোংবান তম্ব কাও-অদো চোংসিনখরে। নোংবান
চোংসিন্দুনা "নহাদে অঙোম নিংথৌ মচা।
খুরাই লৈমৈ মচাদে নোংবান ইতিক খংউদো।
মানবী নচি অনিদে।— ফুক্কে কাওরেন মহাকপু॥"
হায়না নোংবান লাওহুনা কাওরী মচী অমিদো
পায়খে কাও লেংবা ঙমদে। নোংবান মান্না ইনবদা,
কাওরেন মখোং স্টীনা জুরি মরি হনখরে।
অনি শিন্না ইন্নবা লৈপাক কুম্নে ওইখরে।
লাম্বৈক্কনু নোংবান অঙোম মখৈ লাওখরে।
কাওরেন নোংঙক চারকই "কনখরেদা অপানবা।"
লৈপাক অনি থাগৎনৈ! খুমন নিংপৌ মবুঙা—
মোইরাং নিংথৌ নহাক্তি ল ইবক কৈদা মোইরাংগি
নিংথি নিংথিজরবা পোকখরেদা লম অসে।"
খনখি হকই উবদা। ফারে শোইন্দ্র কায়বসি,
লৈপাক পুম্বা নিংমশ্রে। "নোংবান শোইরো" হাক্কসি,
লমজা খম্ব মংতনা খুমন লোইনা লাই-নিঙেঙ।
মোইরাং অঙোম খনদা "ঙমক্কৌ নোংবান শনমু।"
লাইবু নিংশিরি। মোইরাং চাওবা নোংথোন্না!

চুংশাখিরে মবুক্তা—"নোংবান মাক্না শন অসি
ফাঁগ্রবদি লুপ্ত্রেদা। শন ফামদ্দি কমদৌনি।
য়েন-কম্বু ফোক্তবা মনা পোৎনি কমদৌনি।
করি বিচার তৌরগা বেন্না লৈরোই কদায়দা!"
বুদ্ধি তৌগ্রে চাওবদো। " নোংবান্ন শন্সি ফাগ্রে"
খনগ্রে চাওবা নোংথোনা। মোইরাং থোলেন চিংখৈরে—
তোজোন তৌই য়েংলকই। নোংবান ফারোই হায়খসি
উরিবদি মতোমদা. লৈপাক কুপ্পে ওইথরে॥
সুন্না ইন্নরকপসি পুংগোয় থর ফারক্লে।
পান্ন মমথরকতুনা নোংবান পান্ধল হল্লক্লে।
নোংবান সোর ফুল্লক্লে সোর চনিং তাদরে।
কাওম্বু ব্লারে মশাদো হমাং পুমচোং চোংথরে।
পান্জল হল্লে হায়বসে কাও হান্না থংখরে।
তাঞ্জা অহু থংবদা মীবু হেননা শিংলবা
লাইবু ওইবা শল অদো অংংবর যেংতুনা
তক্লিল্লকই নোংবানবু—খোংফম 'মতা কদায়দা।"
কুপ্ন থিরে সেননরে। নোংবান লেপ্প ওম্মক্লে।
শিংলি নাওদ অপুনা নোংবান লোইনা খোমতুনা
শন হুবু অমুক্তংদং ইন্নকপবু নোংবান্না—
লৈপাক ব্লাবু লাওরকই। নোংবান্না থংথা থারে।
নোংবান মমার ওন্দুনা চেক্লে নোংবান লাওরক্লে।—
"পর্দৌ অঙোম নিংথৌবু পারি থব্রাই কনবিয়ু।"—
"পারি 'ংংথৌ ঙমমোইদো ইপায শক্তি লৈতেএ,
খুমন মোইরাং নিংথৌদা প্রাণবু নিজৌ।" হায়রক্লে।
খুমন নিংথৌ কৌরক্লে মোইরাং লোমদা ইক্লিন্নে।
মোইরাং নিংথৌ কৌজকই খুমন লোমদা ইক্লিন্নে।
নিংথৌ অনি ন্নগনা নোংবান' কৌজে য়াদরেপু।

"নোংবান থবাই হিংগেবা ? চংজো থোংলেন মৈরিয়া।"
অকপিরকই নিংথৌ'নি। নোংবান কৌজরকবদা
"ঐনা ঙমদে নোংবানও পাংগন শোন্নে ঐহাকতি।
পাঙ্গল কনবা নিপাদা কহল্লনবিগে কোংয়ানবা।
মরা চুমখোও নোংবান" হায়রিবরক্লে থোংলেনা।
লল্লখিগে থন্দুনা॥ নোংবান মামা লাওরকই—
"খুমন ইতানা ফাবা ইশেং শেংবা কাওরেল্লি।
মনাই ঐনা লানবনি।" পেন্দে থোংলেন অঙকাও।
"মায়কৈ থুংনা লাওকখো—'তুগা নোংবান কনবিরে।"
হায়রে থোংলেন কনবিগ্রি। কাওনা তুংদা তাম্নরি—
সগাই মাথকৈ নরিদ নোংবান চেল্লাও লাওরকই।
"খুমন ইতাওনা ফাইএ খুমন ইতাওনা ফাইএ!"
হাহৈ স্নুব ফাঙ ঙমদ্রে। কাওনা তান্সিল্লকপনা
নোংবান কপ্লাক অতুদা কাওগী সোর ফাওরক্লে।
নোংবান লোইরে পাখংপ্রে। নোংবান থবাই পান্নরুবা,
কাওনা পাংগন রারকপা তুগী ফংদবদনি।
ফংবা যারবা কাননি—লোইরে নোংবান চেল্লকই।
থোংলেন মাগী ভোজোন্দো নোংবান শিবা তাম্নোল্লি
উরে। থম্বা লমজাদি—লৈবা ঙমদ্রে রাথরে,
"চোংথদুনা কাওহবু মমৈ পাযনা যাহগা
নোংবান চেহল্লনথরগে ফংগদৌরে করমনো॥"
থনগ্রে মতাওগীদমক। নোংয়াই! মপা থোংলেনবু,
চাগদৌগুম য়েংখরে। খোংলেন মামা "কোংয়ানরো।
নবুক শেংনা থম্বদা হায়জো লৈপাক তানবা।"
হায়রকপগা নোংবান-দা থিন্দে "ইতাও ইবুঙ্গো।
মংনা কাববু শননে লৈপাক অনি তাসনো।
ঐগী থবাই কনবিয়ু'—থোংলেন ফাক ফাক নোংয়াইরি।

মতম অসি কাওছুগী মানবী চিদোন অনিনা
নিংথম মৈতোন থাইদেরে। থোংলেন মানা—"শাজৌতোন।
মতাও কল্লুনা খম্বা। হায়রকপগা— হৌগৎলি।
খম্বা পাম্বোম তিংথোকপা— লাগোন অনি চোংথবা,
নোংবান চোংথৎলকপমদি লাক মরি স্থবদা,
নোংবান খুজেং পায়ত্থনা চিংথ খরে খম্বনা।
কাংগী চিদোন অংগা নোংবান তম্লা হা হৈবা।
নিংথম চিন্দেন ককতুনা মালেম ক্লা তাহৌরে।
কাওন-কাস শোহ্নৌই সংজিক য়েংঃ নোংবানবু॥

১৮

থোংলেন খম্বা অনিগী অমতনি সগাইসি।
নোংবান মশম অত্তবু পাযপ্রে পোংলেন মন্ত্রিনা।
থাং সংথরে পোংলেন্ন "ইমান বুংঙো মাম্না,
থৱাইদদি কনবিগু।" হাবজরনে নোংবা য়।
"নং লৈরগু লম্মো। ইরৈপাক ম রৈপাক্ল
থংদনবা নোংবান নিং চোংগাদ খউ
মাংগদৌরি মী য়াম্না। পুবেনা ভাঙ্‌বৈমা
অনিদা পাং তম্মম্মু।" থোংলেন পরে মযাথং॥
থৌদৌ অসি উবদা মেইরং নিংথৈ থর-থ্বায়।
থুমন নিংথৌ থাখিদে। অঙোম মথৈ কপথরে॥
মাহু উবদা চাংব চঙ্ মতাং অসিগা
য়ুমমাংগনিদকোসে। পাম্মুইদা।" হায়রকই॥
মোইরাং অঙোম মথৈনা—"করি থানো নোংথোম্বা।"—
"করি থানো হায়বদে। খম্বা শিরে হায়নবা;
অসাইদি করি কপ্তে?" য়া লৈনৈ খংনরি॥
থোংলেন মথুবাক্তগী নোংবান কনগদবদি,

লৈপাক অনি তিনবদা সাগুবমদবে মতমদো ॥
নোংবান্না– "ইমান' ওঙো। ঙসাংদদি কনবিয়ু।"—
"হাই। হাই। নোংবান শিংদবা।"—"ইমান বুংঙো
তাকপিয়ু।"
"ফরে অদুদি ইবো। নিংথে অনি লৈপাক্না,
পম্নমক্নি তানবা—'থোইবী পান্নে তৌবনি।
ইশেং শেংনা থেৎপনি শামু পাৎতদ্ৃ কৈ শাই।
শেংনা অত্নক লাও ইবো।" নোংবান খন্নকই —কৈ
থ্রাই হিংলগা লোইরে।—লাওজরগে ইমানবু!"
লাযনা নোংবান লাওজরে। "নংনা তৌবনা নংনা
ফংজননি।" হায়দুনা লাওবিরকই লৈপাক্না।
লৈপাক্কী রাজ তাবা তাঙ্গা হুদা খোংলেন্না
অসাই মথৈ সংগদা হাইগংথবে হান্দক্তি,
মোংবান ঙকশম তমতনা—নোংবান নুংশা থিবনা,
চিক-চিক লাএই মচক তু --"ইমান-ব থবাইদদি
কনবিযুগবা ঐহাকপো।" হাযজরকই অমুক্না।
খোংলেন মানা "অপাম্বা। লৈপাক' য়াদে কোংয়ানবা!"—
"ভৌবিগন্ন ইমানবু। লৈপাক হাযবু ইমাননি।
থবাইদদি কনবিযু।" নোংবান মন্না তাবদা,
"হুদি নপাদা হাযু।" "করি হাযনা ইমানবু?"
"খুমন মাগী কাদুদা ও স ঐনা থেৎপসে
নোংবান ইনুকপোক নত্তে. ইপান্না তৌবগীনি
ইপানা ইন্সিনবনি ইপা পাং—ইপু থাংনি
অহনি॥ তৌবা। মোইরাং লুখ্রাদ কাও
ঙাম্ন চাওই হাযনা নমহনা সেন চাবা;
ঙম্নি হাযনা নৈথিবা, মোইরাং প্রজা থাহনবা;
ঐগা হায়'দা মযেংবা ইচা মীচা থাইজবা;

ইপা' তৌবা কর্ম্মনা মচা ঙৈনা ফংবনি।
হায়না লৈপাক অনিমক তানবা নোংবান! ভুক-আও।
পম্মৌ নংগা কনবিয়ু। হায়ু নোংবান নপাগ।"
খোংলেন স্নুম্না হায়রকই। নোংবান শিনিংদবনা
হায়রে খাক্লে লাওরক্লে। মচায় মরা তাবদা—
"মামা ঐবু য়োল্লিনা।" হায়না শাওরে মপাদো॥
নোংবান পোকপা মপানা 'ইবাই খোংলেন মঙ্গিবু।
মা লৈরবদি বেরা লোইবা লৈররোইদনি।
মরম চংনা মুংশিক্লে থগ্গিরমু লোইথোকও।"
হায়না লাওরে নোংবানবু। অঙোম নিংথৌ মপাহোঃ
অহানবদা কল্লমই। 'পোকপা মচা ওইরগী
কন্নুবদি ঙমজদা। মমৈদদি কপখিক্লে,
ইকাইবোইনা শাওখরে খোংলেন মাদি পেনখরে॥
খোংলেন মামা হায়রকই—"মুংঙাইরে হায় কোংয়ামবা!
নপা ইসেম্না নোংবান—বৈষ্ণব নংবু পোকপোইরে।
চংলো ঐনা কনবিরে—(থাদোকপিরে নোংবাম্লো।)
কুমথগন্নু সগাইদা মথং-মথং লান্দুনা
চেঙখরো।" হায়বিক্লে। নোংবান সগাই চোংখরে।
চোংনা চংখিবন্থনা হায়নে খুমন শিংথুনা;
উরকপদা নোংবানবু—"লাকএ সোমদা নোংবান-সে"
মাহ তারগা নোংবান "ঐ নক্তে মাল্লবদি
ওইরমগনি।" খুম্মমই। নোংবান অহুম চংখরে।
খুমন নিপা য়াংথৈনা নোংবান মাবু কাখরে॥
খুমন নিংথৌ মনাক্তা পুসিনখরে কোংয়ামবা।
"মুংগোইবীদা চনগ্রগে—চনগ্রো" য়াথং পিখরে,
খুমন নিংথৌ মপুত্তু। মোইরাং চাওবা উক্লে,
কজদরে হায়হনা কেগে নিংথৌ চরন্দা,

হংলংখরে চাওবনা ;--"ইনিংথৌবু। হৌনদে,
কায়রে মাগী মাগীনি' থোইনা দণ্ডি তৌগনি।
ইনিংথৌবু লৈপাক্লা তুংদা সোনাইরহৌনি।"
—"চুম্মি ইপু মাহূনা—ইতাও খুমন নিংথৌবু!
লাল্লি হায়'না মংগীবু ঐদা লাকপা ঐনা হাং!
মীনা তাবা নুংঙাইরোই। নোংবান হাযবা নিপাদো,
মোইরাং মীহাং পুংহূদা হাংচকগে ঐহাক্লা।"
কেগে নিংথৌ বাগ্রীদা—"চুম্মি ইতাও নিংথৌবু'
ইকাইরেদা ঐহাক্তে ঐদা লাকই হাযহূনা ;
ঐনা লাকচবা থোকই।" হাযহূনা পিথোরক্লে।
"নোংবান কনসি হাবরকপা নুপী নিপা অহূমা
নোংবানগা কোন্নরহূম হাংকনি।" হায়রে। নিংথৌ
শাওবা ইকাংবা অনি যান্নখরে পুক্নিংদা॥
"কনগে তৌবা মঙেদো--অঙোম মচা বারকউ
মোইরাংনা মাংগদৌবা, অঙোম নহাক থকীনি।
চাওবা নোংথৌন অঙোম্নি—মাগী মতৌ তম্মূশা॥"
ভাংনখরে অস্নুমা থরদি শাগৈ কায়গ্রে,
নোংবান মহাক থক্তুগী ইকোপুগী অহম্মা।
নোংথোম্বনা চংহূনা হায়ক্লরে—"অঙোম নিংথৌ!
মচা কনগে হায়র'দি সনা পুরো হৌজিকষক।"—
"মাগদরা?"—"করিনো। চিন্ন পুংথ সেন্ন-শং
খিদ-খিয়ু!" হায়রহূনা সনা মোহোর চন্যাংথৈ ;
লৌসিনখরে চাওবনা। চাওবা তম্ন চংখরে—
মপু সনা চোরোন্দা বাহৈ অমৃত কংলে।—
"বনাই নোংবান অসিবু মাইবী মাংবা সিদদি—"
মোইরাং নিংথৌ মপুনা—"করি বানো ইপুবু।
তবুং তবুং শান্নিনা। ইপু চংবিরকখিন্নু।

ইকাইখবু কথেন্দা কংনবরা মোইরাংনা !!
ঐথোয় থ্মইবু চোপইবা--কয়া কজ্জদরবা !
মীগী মমাং অসিদা ঐগী হচিন অসিনা—
হাংলগনি হায়খয়ে।" নিংথৌ য়াথং অহুদা,
মপুই ওন্না কনবনা অহুক চাওবা শিংংবা
মোংক্লেন্নবদি চাওবদো মোইরাং হায়বা লৈপাক্তা।।
মাহে সম্না অমতা লিংসিনবদি ঙমদরে।
হন্দোকখরে চংখরে থোংলেন মন্ত্রি মমাক্তা'—
"মাল্লে মন্ত্রি করম্নো ?" সনা অহু হেদোকই।
"মাল্ল' শিজ্জপ্রসন্নু।" হায়দোকপিরে থোংলেন্নু।
সনা হুদি ইঙাং ঙাং—কজরবা ঙাঙনি।
মন্দোপ ওক্তা থোম্মবা, কাওগী কুমৈ অহুগী
সুংঙাই য়াইফ শিং-হুগী। চাওবা থোংলেন অনিগী
মমাংহুদা পৈরিবা, চাওবা সুংঙাইরক্করে।—
"হনগদবরা সনাসে লোংনান শিংঅখবদি
অরাইবনি অসিবু সনা মাংবা য়াদরে,
বুদ্ধি তৌরে চাওবনা, থোইখা চনিংদা লৈবা,
পংনা সিজিন্নদবা লৌশিং-শিংহু থিরকই।
লিংওকপন্ন থুংঙরে—"নচা খম্বা' কহল্লু।"
তাক্লে থিন্দে চাওবনা—খুমন য়েংনা হায়রকই।—
"খুমন 'বুংঙো তাবরা ? নতাও থরাই কনসিবা !"
"মমাই ঐনা ওমগনু ?"—"করি মানো ইমাক্না
ওমববদি কনানা কনবিরনি শাজোবা।
সনা ময়াম অসিসু ফংগদনি নহাক্না।"—
"ওমবন'দি ঐনবু করি সনা লোদগে।"
হায়লা খুমন মওঙ্গা চরৈ কীবু য়েংতুনা,
ঙৈনাক্কে অনি তিন্নবা লিংথো অনি কম্ব-মাং,

চৎরে পুখুম তাসিংদে লমজা খম্বা চংখয়ে ॥
ফৈরোইজাম্বা মবাইনা সনা অতু খোমজিনে,
"অচংবা ইশেন-সিগী মচে লৌবা কংজবা
ফুংঙাইজৈদা সরিসো। মচেগী লিক শাখিগে।"
নিংখি ফৈরোইজাম্বদো। মবাই মতৌ উবদা,
"হাবিখিগে ইবাইবু।" খামজরম্মি খম্বনা॥
নোংথোম্বা মপানা—"লৌশিল্লু ইবো।" হায়রুরই। ঃ
খম্বা নিংথৌ খুমনে—খুমন মানা লাওজরে,—
"নৈবু লোয়র অনিমক খুমন নিংথৌ পুরিল্লাই।
মোইরাং লৈকোই মপুরেল। ঙসি কৈব—কৈরোলা।
পাথৌ ইবুংগো নোংবান! অথা কোংয়াম্বা-ইমা।
হাংশা বিচার তাখিবা নৈগী ইহাক থকৌনি ॥
ঐগী দমক ইতাওবু. লৈলু চোমথ লেংবদি,
ইতাওবুসু যেংবি। অঙোমগীসু খনবিনু।
লমজা ঐবু য়েংবিযু। পলেম পম্বো অনিবু
লমজা শকপু খংহৈদে। ননাই ঐগী ইশোল্লি
মশোক মশোক খুদিংগী কৌজেং হায়ৌ ওইহনা
পোকচসনু ঐগিদি। কোরৌ নোংগাখরবা,
পলেম পম্বো অনিদা ইতাও কনবৈ মহৈদো,
কৎচখিগে পিবি। নৈপাক অনি মপুনা,
খুমন মোইরাং তিল্লিবা ইমা ইবেন পুম্না,
ইতাও পল্লাই অসিদা, চৈরৈ কীগাও শাজরি
পিনবিযুগবও ননাই লমজা খম্বদা॥"
নৈপাক হীঃ হীঃ হাযনখি। খুমন নিংথৌ মপুনা ;—
"ইতাং মোইরাং লিংগে। হংগেদি ইনাও খম্বা
খুমন মেনবু তোংগ্রনি। নাম্নমাল্লে অনিসে,
খংবিরিম্মি ইতাওনা, কনবিরসিবা ইতাও ॥"

খুমন মপুই রাজুদা মোইরাং মান!— 'ইতাওবু।
বিষ্ণুগা বৈষ্ণব মাগা অমি 'হুনা কনবনি।
ঐনা করি ওমজবা ইতাও 'বুংঙো লোইজরে॥"
লাওরে মোইরাং য়াখরে নোংবান মাবু কনখরে।
লৈপাক চংনা থাগৎনৈ লমজা খ।। কজেদা॥
খম্ব হঞ্জিল্লক্লনা—"ইবাই সম্না অহুবু
পাম্নজগেবা নসেন্না ?—"করি রানো ইবুংঙো।
সম্না পাম্বা তাখিনি।"—"ত রোই ইবাই। পাম্নজগে।"
খম্ব সম্না পায়সিল্লে চংক্লে অঙোম নিংথৌদা।—
"অহো 'বুংঙো রারনি, ই৴নশিংদো নংগনি!
:খুমদি নংজবনিনা পুকবদি ওইরিনি।
সম্না লৌসিনবিখরো।" পিথোকউরে খম্বনা॥
খাম্বা খুদোং চাহৌদে—"খুমন নংনা সনাদো
পিনিংদবোই নচেমদা 'হুনা পিথোকখিবনি।
হৌনবরা অহুম্না।" শাওই ফৈরোইজাম্বনা॥
"ইবাইবুংঙো শা'ওবিয়ু।" খামজৈ খম্বা মবাইবু॥
থোংলেম্না "পারি 'বুংঙো খম্বা মুমি' ৰেংখরে।
চংলো কাওরেন ফারুরো মচি মরাং প য়কম্নু।
মমৈ হেক্লা পাযহুনা খিনবা যাক্লে শাজৈবা!"
মপাই রাজু তাবদা—চংসিনখরে খম্বনা
লৈপাক মিংথে খুরম্মে খম্বা চোংসিনখিহুনা,
সম্দি য়েংতা হৈনৈদি খংবা দুগী লৈহুনা,
কাওগী মমৈ পায়খরে পাংগন ে।কক্লে কাও অদো॥
খংজিং খংজিং চি'বিয়ে খংথা খংথা থাবিরে,
হৈনদরে কাও অদো। শম্ন—"কম্না মাংলোমদা,
চিংগে চেনগে অহুগা ফৈনা হাইগে" নিংহুনা,
খম্বা মাবু চিংখরে। খুমন কম্না য়াল্লগা,

খংথা থারকপত্নদা তুরে কাওহ্নু। চোংসিনখ্রে
মানবী থৌরী হুকউরে কারে কাওহ্নু খম্বনা ॥
লৈপাক পুম্বা পেমরে নিংথৌ অনি হয়াওরে।
থোংলেন চুম্ন কুমথদে মাগী সগাই অহুগী
হামেংজৌ'হ্নু পুন্নপ্না থাংহাই থুকক অমদা
য়ানথরে, থোংলেন তারে সগাই হুগা লোইনদ্রা ॥
হয়াওবনা থোংলেন থাংগী জগোই শাখরে,
হয়াইদ্নু জগোই শারে। মমা পিরে সনাম্না
লুপানদি থুমথরে—সনা মোম্বা হিদাকফু,
লুপা ঙান্থক পিনরে, থুমন নিংথৌ মপুন্না ॥
লোইরবদা খম্বদো থুমন নিংথৌনা কাপ্রে।
"হয়েং ইফুং ঙানবদা- 'থুমন নিংথৌ হাপ্লবি"_
হায়গ্রে থুমন নিংথৌনা খম্বা পিত্রে মোইরাংদা ॥
"মোইরাং মপুং য়াইহ্নুদা মাংলগনি ইনাওদি"
থুমন নিংথৌ খনখরে ॥ চাওবা থোংলেন অনিনা
জামিন তৌরে খম্ববু। মোইরাং লৈপাক হন্নক্রে।
খম্বা মোংবান অনিনা কাওরেন অহ্নু পুন্নকই ॥
থুমন কমেন কাহুদা কাওরেন মাবু পুনখরে।
মথক থাকন খন্দুনা শনবু পুজা তৌখরে ॥
"ইচায় মপান চারে"দি সুংঙাইওরে শল অদো ॥
কাওনা বোর পিখরে নোংয়াই মচিন মৌপুবা ॥
থাংজিং লাইগী সুমাংদা লৈপাক মীয়াম তিনখরে।
তাইরেন লাইজ থিকখরে কাংরেন মাবু শেংদোক্লে,
লারুং-তাংদন তরেৎথা—সম্নিক-চোমজাও পায়হ্নুনা
কংলে কাওরেন অহুবু মপু থাংজিং লাইহ্নুদা।
লমজা মচিন মৌপা' মপায় মতৌ উবদা,
মালেম লৈদা ওনখরে, কপপ্রে নোংথোংবন্দা

"ইপাইবুংঙো চাবিয় পম্মৌ লৌবিয়গবা।
লমজা নচা অনিবু রারৌরবরা নংনা ?" –
"পারি ইমোম অনিমক শাংবে নক্তে ইপানা,
চারুমগা শজিক্লে, ইপা পাঙ্গল কল্লনি।
ইপা চংপা য়াররোঙ চাররোংকো ইবেম্মা!"
চাখিদরে শল অদো॥ কাওরেন মমায় নোংপোক ওন
ঢুপ্লে মিকুপ অদুদা। চিরেন মরক ঁডদগী
লংনা কোরৌ থকলোমদা—পাইখংথরে—উহৌই!
খম্বা মাদা "ইচেম্মন! করিনোনে অসিবো ?"
"ইপায় থরাই ওহরবোই ই, নিংবো ইবুংঙো।"
হায়নহৌই য়েংনহৈই।। মঙান রাংনা কাপ্লগা,
কারখি চাইথোক্ল উপ্লে। কাওরেন মাবু কোন্দুনা
কয়থৈ কল্লগা—মশাদ, পুরোং মথৌ
য়াংগোলপ্লে খম্বনা। তরামাংথোইনি স্নবা
কোরৌ হুদা খম্বনা লৈম নিংবে। য়াওনদি
মশাম মথৌ লোইখদে লমজা মাগী মকাইদা॥

---

# উকায়

১

মেরা নোংমা পানবদা ময়ুম পোইরৈ মৈতৈদা
কৌনৈ চাওরেন হৌবদি। তরানিদি পানববু
কাক্কী যাত্রা হায়হুনা রাবোন কাপপা কৌমৈদো॥
ময়ুম মোইরাং লৈকোইদা উকায় ফালং কাপপনি
হুইক্রে-তেন জাই-কৈগা-লাংগ পূন থাংগ—ঈয়োনবা,
করাং-থেংগবা-খুজুম-তেল্লি-থোকপা মেরা-থা
সন্দুবা কৌনৈ সুম্না। মোইরাং লৈপাক লাংখরে॥
হয়েং উকায়নি হায়বা অযুক অহু মোইরাংগী,
চৈরাপ মীয়াম তিনখরে ভাংনরক্লে লৈপাক্তো।
"কুমশি করি মচুনা সেনাপতি বোরিনি?"—
"পাঞ্জি'খোইদা থোকপদি—ভাংনা লাংবা ফীজুনা
লৈপাক মংগোল ওইগনি। থবক সিগী মনুংদা—
নিংভাই শাংদানগুম্বা সুম্বা অমা লৈরেদো।
তাকউ মাংউ নিংথৌগী শিউ নাওদি হায়বমক্
থোক্কে মাহু ফাওবদি।"—"হুদি করি কায়দেদো'।
লৈপাক তিনবা কুম্মৈমি, ভাবোক মসেন খৎনবা
শক্লগনি হুনসু—মুমিৎ খুদিং চৈরাপ্তা
কেগে বিচার তৌরিনা অসি মঙাই করিনো॥"
হায়নখরে অম্সুম্না চাওবা থোংলেন অনিনা
চমখি রাসি অহুম্না। মমৈহুদা নিংথৌনা—
"কুমশি 'সিদি লৈপাক্সু, ইপু মন্ত্রি, নোংথোন্সু,
কেগে ফম্মাই' অপুম্বা! ইনাওতোন্না পামজবা
তৌরসনু ফী অসি-তৌবদি ভাংনা লাংবা
সেংলসনু! কমদোই?"—"য়াম্না ফবে ইনিংথৌ!"

হায়না য়ারে লৈপাক্তু। যুবরাজ খুরমগ্রে।
"হন্দক কাপ্পা উকাইসি খুকাপ মঙা মঙাদা
মকাপ নসি কমদৌই?"—"য়াম্না ফরে ইনিংথৌ।"—
উকায় পাইবা অসিনা তারি নামোই খম্বনা:
নিংথৌ ঐগী তেল অসি নোংবান মাবু পায়হনসি।
ইনাও ইবুংঙোগিদি মাগী পানা পাম্বোম্নি;
খুমন খম্বা লৈরিদো। ইথোম কৈনা পিথবে
ইচা ইমাক্তু থোক্লে, মপা মমা মকপ্নি।
ইকোপপুংদা তেমশিংবা, লায়মল-লাংদা-খোশাবা,
কাওরেন-নিংথি-ঙাংববু খুমন-ইকোপ-মপুংয়াই,
খুদোং হাইকাপ্নবনি মাবু তেন্দি পায়হন্সি!!
ইনাওতোম্না পামদরা? পামবীদবা লৈরগা
তৌহনজগে ঐগীদা। শানৌতোম্না হাযবিয়ু,
তুমিন লৈবা কম্বিনো কবি খনবিবননো?"
হংবিরকই নিংথৌনা। যুবরাজনা—"অক্তা!
সনা য়াথং তাকপিবা লোইত্রি মাল্লে হায়ভুনা
লৈজবনি ননাই ঐ। খুমন মচা ননাইবু,
ঐগী পানাম্নু ওইবা ননাই ঐনা লৌজগে॥"
হংগৎচরে নিংথৌদা। "অতোন পুক্নিং তারেকো?"—
"ননাই ঐহাক পামজরে॥" যুব্রাজ নিংথৌ অনিনা
য়ানখরে অস্নুম্না॥ খুমন খম্বা লমজাগা,
অঙোম নোংবান অনিনা য়েংকা ওইগা থোক্লকপা—
পাবোৎ সনগী মঙংনি তাম্নহিগী মশক্নি।
ইংখোন লীগুম শোয়কদা হংগেল লীগুম সেনফদা
কেগে চৈরাপ মাংহনদা নিংথিজরে অনিদো॥
মোইরাং নিংথৌ, লৈপাকম্নু খুরমজরে উকায়গী॥
নোংবান স্লুমিং ওইবনি মঙান কমবা কোংয়ানবা,

খুমন থাজ ওইবনা ইংনা ঙানবা খম্বনি।
অশাংবু 'ইংবনা অইংবু 'শাবন।
থোগৎনরে অনিদো মোইরাং লৈপাক তিনবনা
উনবদা পেন্নরে। বোর পিরে অনিদো॥
খম্বা নোংবান অনিবু কৌসিন্দুনা নিংথৌনা,
যুব্রাজ সনা মাংহ্নদা—"মাংলম চৎতা খম্বদি
তৌজন্ত্রিবা অঙাংনি, অসি অসি হৌনৈদো!
নোংবান নংস্ম্ তাজোকো—খৎন ৈচন য়াদেদো।"
তাকপিখরে নিংথৌমা। লৈপাক চাইথনখরে।
যুবরাজ কুম্মবই। চৎনা চৎন চিংখুবা,—
"হয়েং উকায় অসিদা কম্বা চৈরে শেংকনি"
খল্লি খনক্ষম থোকখিদে, রাখি অহুইদমক্তা।
ওস্থাকপন্নি চিংখুবা! লৈপাক অস্থুক চাওরবা
মোইরাং হায়বা লৈপাক্কী যুবরাজ মহাক্কি।
কাব্রং লংজু লখাগী ফীগী মখল লখানি।
ঙাংনা-লাংব-মক্কনা তাবু কোটি কোটিনি॥
কেগে লৈপাক অহুদা অমতংদা হারবদা
নিংথৌমক্কা ফংদবা লৈখ্রবনি ঙক-মখৈ॥
যুববাজ নহান্নি নিংথৌ মাদি অহন্নি।
নহা হায়বা অহুমা পামহৈবদি হেনবনা,
অনৌব 'মা হাথবদা মাগী শকক ওইবনা,
বাৎলি নিংথৌগিদদি যুবরাজদি বাৎতে।
চৈরে অমৈদমক্তা চিংখু নহা বাখরে।
কলা মপুং য়াইদগী থুংলবগা চিংখুবা;
সংগাই মপী লমজিং-শন এংখুরাংবী তালোইবু
"মমা ওইবী!" হায়দুনা মাঙ্গোন্দগী কৌরবই।
ন্নংশা মপী হোল্লকই। চুবা মেৎলি যুব্রাজ!!

এংখুরাংবী তারকই চেন্থোরকই, হায়রকই,—
"মনাও 'বুংঙো করিনো! পায়ম নুংশি হুইজোল্লাং,
মনাই 'খোইবু কৌবি'বু লৈপাক রাবু লৈবরা?
তাকপিয়ুগবা- নংনা।"—"লৈপাক নিংথৌনা চাম্লি।
ঐগী লম্নাই রাগীনি।"—"হেদো-ন'হে-চনবরা,
সনাহকচাং করম্বা?"—"মাহুম্ভ ইশোক শোক্তে।"—
"নজাইবেম্মা শিঙেনদি তোমসাংনবি লৈরাংবু।
খুমন নাক্তা পিবদা অংং অাম রাংকনি
সনা বুদ্ধি খমবরা?"—"মাহুনস্থ শোক্তরে।"
"নয়াম্বুংনা নিংথৌনি, ইবুংঙো! যুব্রাজনি।
অসি ফাওবা রাবদি—অরাম চনু ঐথোয়নি!
অপংবীদি ঙাক্তনি মপুই সনা পুক্লিংদি,
উঙমদরে কমদৌনি!"—হায়রকই তালোইশিংনা॥
লৈপাক্তগী তোমথিন ওই, শকত-চুদ রাংতবী
রাঙাং শাঙাং রাশিদা তোঞ্জদবী ঙাক্তনি।
যুব্রাজগী মাংহুদা—তালোইশিংনা লেপ্পুনা,
মপুনা রারে হায়বা হুগী অরাবহুদা,
হংলকপদি খোম্ফমনে য়েংথোরকপা মিংম্নেংনে।
চিংখুবগী মবুকস্থ মিংস্থ তানি ইংথরে॥"
তালোইশিংবু য়েংহুমা—"করি থোইদোকপা নত্তে।
নহোয় নত্তৌ য়েংগেদি ঐনা পংহায় হায়বনি।
হন্নেং উকায় অসিদা ঙাংন-লাংবা ফী মতং
ঐনা ইনগদৌসিবু—য়েংগে লোইনা পুখোকউ
মংগী নংগী লৈজবা॥" তাকপিথরে চিংখুবা।
তালোই মখৈ অহুনা সিনা মপাম্মগনি,
হায়বহুদা খন্দুনা মংগী মাগী পুথোকখৈ।
য়াওখিদরে অপাম্বা। মচেং মথাক কাম্রে

নিপা তরেৎ তরানা ফীয়াম লোইনা হোন্দোকই।
চাইথাইহুনা য়েংবদা য়াওখিদরে পামদরে।
য়াওখি হায়বা মনিংই থেংনদবে মুমিংতো,
"ঐগীদরা কনায়নো ইচাইদরা অমদি,
মওইরে য়াওখি ফীসি।" খল্লি খনক্ষম থোকখিদে।
মমাং অরাং সংগোই জগমুহোন অতুদা
নাক য়েংলোম ওইরোমতুদা ফীনা নিংদোন নান-পৈ,
চংলি য়েংই ক্ষম্মকই বিচার তৌই—"করম্নো!
নৈলখি ক্ষিসি ঐ কাণ্ডদে! লাংলেন ইবেম্মা নৈত্রা!
সেন্নু সেন্নু ইচাবো!" মমোম থোইবী কৌরক্লে।
থাগোই লরাই হুইক্রগুম তোমশাংনবি ইবেম্মা
পন্থৌ মংদা চোংখোকই।—"ইপাই'বুংডো নমোম-নৈ!"
মচা য়েংই—"ইবেম্মা! নমা ময়াম অসিদি!
লংফৈ থাংপোক য়ুমদিন্ন! মরৈবাইবাতুওইরে!
চেকসিল্লক্লবদদি ইচা নত্তনা নৈতে।
ইপাগী পুক্নুং শমক্রু তোঁমথিন ওইবী থোইবী! তাও!
ইচায় চরৈ মরক্তা ঙাংনা লাংবা করম্বা,
ইপা ইনবা য়াববু য়াওদ্রবরা ইবেম্মা?"—
"সনা মিংয়েং তারগা থোক্নদবা মঙাইরে—
ঐদা নৈজবা ফীদি পাবুং থোইনা পিবিবা
অতৈ য়াওদে 'হুদনি।"—"য়েংসি পুরকউ" হায়রে॥
অমা য়েংবা ঙমদ্রবা ফীহু ঙাক্তা থোইবীনে
সেন্নু মপু মনাইনা মথং মথং হোন্দোকই।
অসোমদস্থ য়াওদরে। ফৌদোক হৌরো হায়দুনা,
ফীয়াম অহু ফৌদোকই। অরাম ওম্পাক য়ুম-মহু,
নুংশা শারে নোং মংঙে, নৈচিন থারে, লংখরে
নোংথাং কুপ্লকই চুমথাং মরোল মরোল থল্লকই॥

চিংখুবদো থাখরে— মমাংঙৈদা ঐসিনা
নহা পুক্লিং ওইদুনা পাম্মুবোইরে কৗশিংসি!
দুনা লৈবোই নিংবোইরে কৗদি হোংবা নত্তেসে।
অহন মতম ওইবগী পাম্মক্তবা ওইরবোই।
অদুমকপু কৗ অসি— ঐনা সোইরবনরা!"—
খল্লরগা কৌরক্লে—"এংখুম্নাংবী মমাশা!
লোইরবরা কৗসিবো? করিগুম্বা নখোইনা,
নপাম য়ুমদা পিখিরা?"—"ননাই ঐখোই পিখিদে।
চোরোন শাখী ওইগনি।" হায়নখরে ফংদরে।
চিংখুবসি নুংঙাইত্রে। মপাই অবা উবদা
অপোকপা মচানিনা মজাইবেম্মা নুংঙাইত্রে॥
ইকোপ্পুগী হল্লকপা শন ফাবগী মোংঙামবা
নুমিৎতদা হৌখিবা। মঞ্জ মাগী তমদুনা
নুরা মানা শারকপা, তেমথেং খুদিং খুদিংদা
খম্বা খম্বা হায়জবা, পাঙন্দেম খুৎহুম 'মগা
খুমম হায়বা নাম-দুগা লোইনদুনা থেংগ্রবা!
লমজেন চেনবা শন-ফাবা মঙং পুম্বা সুনা হাপ
বাত্রং নখন মখম্মা চরৈ অদু হৎতুনা,
নোংয়াই মাগী তমদুনা শাজবনি কৗ অমা।
চরৈ অসি শাবসি সেনু নপু মনাইদা,—
খংদে অতৈ অমতা॥ মিংসেন মিহুৎ থোংদু-লোল
নানবা ইয়োং শং-অদো কনা 'মতা চংহন্দে।
মপা খংদসু নত্তে— এংখুম্নাংবী, মমাতোন
য়াওদে উদে খংলাকপা। মপাই মনিংথুংদবা
উরকপদা থোইবীনা পায়ম নুংদা ওলাঙেঙ।
নুংঙাইতবা হেনগ্রবোই "ইপাই বুংঙো কৗ 'মতং
পত্থৌ লৈরি।" হায়রকে। চিংখুবনা তাবদা,

তিং লাওরে। মুংঙাইরুরে। "ইপাই-বেম্মা কদায়নো?"
"পম্বো 'বুংঙো কক্তরি; ইযোং শংদা—" হায়নকই,
"ইপা ম্বেংগে" হায়দুনা মপা মচা চংখরে।
মজাইবেম্মা মিংসেন-থোং হাইদোকচবে ইরেম্মা
মাইবুংঙো' হেংবদা সগা পুক্লিং তাখরে।
পামখরেদা চিংথুবা। 'ইপাই-বেম্ব মুংঙাইরে,
ইপা' পাম্ব লোইখবে। নপন্ মিংথৌ লেম্লগে।
বযা লোনি ইবেম্মা। লৈজগেবা ইপানা?"
"পাবুং ফীসি যোনডগোই ইঞ্জগে হাযবা ঐনা—
লৈদবগু থোনবীয়ু।"—"করে তুদি ককুথংলো।"
তাকপিখবে মপানা। চিংখুদো হবাওবে।
চেং-উতোং অহুমনিদো অযুক অত হাখি।।
'তুদগী কে মুং কাখ্রে। থোইবী ফীতু লোঞ্জুনা
নকোই মরা মঞ্জলে। মুবে ফৌরে পাত্রি পায়।
মুংশিৎ লিংতে, মুংশাগী নঙাম্ম দাওদে কুই।
ইশিং চোংলগা ফৌই ফী সৈ হাযবা খংনদে।
ফৌদোকপদা ফী অদো নোংথাং কুপই, চুথাংমু
ফীতুদগী থাম্লকই। ফীম্ভবা লোঞ্জরগা,
নিংঙোন বাদা পুসিনখ্রে। চিউ লাইনা কংখরে।
মমৈ থংনা থাগোইনা "লোয়ুম্বনা ইনন্দা
'লোয়ুম পুন্সিননবা'—হাযনা নিংশিংউন্দা
থোইবীদা স্বাই লাংখবে কে কচংনবী কংখ্রে থাদোই।
মমাই সেন্মু যেংদুনা "বম্রো সেন্মু কাযবেনা!"
"কদোরগে ইবেম্মা"—"ঐনা নিংবা ধর্ম্মদি
অবেম্বদা তাখবে। মংস্মু মখংইবনি,
পম্বোগুণ-না কাংক্ক্রবা। নবুংঙোগী তমদুনা,
শাবনিদো চবেসে! মাঞ্জ পুন্সিননবা

খোয়ুম মঙোন্দা কৎলে। পাবুং' হান্ন ইল্লুরো,
পঙ্খৌ মাগী ফখরে নবুংঙোগী য়াৎহোরে।
কমদৌগনি অসিদে !!"—"চুমই কায়রে ইবেম্মা !"
নিংঙোন পুক্নিং য়াখরে—"অকাউবা হায়বা লাইও !
নিঙোম পুক্নিং মঙ্গনবা চৈরগেকো ঐহাক্না !"
সেন্নু মানা—"করিনো ! লাই-চৈ-হৈদে ইবেম্মা !"
মজাইবেম্বা থামজরে—চৈরুদরে খোয়ুম্বু !
থাদোই মানা য়াখরে—স্বর্গ পাতান অনিদা
কোয়না চেনদে মঙাইরে—মরোন মরোন খনখরে—
"তয়ুম সেন্নু অচানবী থিল্লুবসি কী অসি ?"
"তৌবিগন্নু ইবেম্মা।"—"সেন্নু চৎসি থিল্লুসি।"
"তৌগন্নুসি ইবেম্মা।" হৌজ হৌজ খাম্বদা
মপুনিনা ঙমদরে সেন্নু মপু মনাইদো,
খুমন লাইর মরাম-য়াই, চরৈ অহু থিল্লক্লে॥
খুমন চন্নু খয়ুনা—"নপু নমাই লেংঙকই ?"—
"লাকই 'নম্মা! নৌপাদে ?"—"লৈ মজা ইবেম্মবু।
ইচু নিংথৌ ইবুংঙো! মজাইবেম্মা লেংঙকই।"
হায়রে খম্বা থোরকই—"লেংবিরকই !"—"লাকচরি !"
"—করিগীনো লেংঙকপা !"—"হুয়েংসিবু চরৈবু,
করি করি থোনগনি।"—"'রৈবা শেৎপা হায়হুনি।"
"করি করি কীনোনে ? য়েংসিদনা ইনম্মা !"
হায়জরকই থোইবীনা। লমজেন, কাও কাঙৈগীম্বু,
য়েংনৈ লোইমা পুথোক্লে। "খুমন নিংথৌমা পিবা
খাংচেৎ অসি থোমবিয়ু। খুমন চন্নু হয়াইন্নু
নূরা মানা পিরকপা সিনা কোকথোন করনি।"
থাদোই মানা খন্দোকই কীহু মথং মথংদি।
ইরোই লোইবা অতুদা "সিম-তংগা থোনবিসি।"

নূবা মাগী চৈরেদো পুথোরক্লে থোইবীনা॥
নিংথিজনে যেংবদা খুমন মাগী মশিংভা।
চুম্ন তৌদে কী অদু সনা খুংতুনা,
কুপউই মাঙ্গ মনমদা। লমন্ডা মনংগন্দগী
চৈরে অদু লৌগোকই যেংই-"মজা ইবেম্মা!
কী অসিবু শাবরা, লৈকবরা-কৈদেনো?"
"শাজবনি ঐগাক্লা।"—"নপাই-বুংগো নপন্দি
মোইরাং নিংথৌ অনিনা অসি যৌবা ফীসিদি,
ইন্নমগনি থাজদে। নিংথৌ যুব্রাজগিনি
রা থোকনি ইঙ্গরোই।" খম্বা ইল্লোই হাযবক্লে,
উকবদা খম্বদো চৈবে মশক তুবু
লমজা পুক্লিং থুরুকই। থাদোই মাম্বা "ইনবিয়ু
মাঙ্গ কৈদৌবগেনে!"—"মজাইবেম্মা ইঙ্গরোই।"—
ইনবিয়ুগবা 'বুংঙো।"-"ভম্মাই।" হাযবে যাদ্দর।
নূরা পুক্লিং কাযরক্লে। থাদোই মান। "ইবুংগো!
ইন বিববা নংত্রগা ফুরিৎ শইনা থোনববা?
অমা তৌবিদ্রবদি নুপী হাৎপা পাপ তুবু
মাঙ্গ পুবিবা তাবে।" হাযদোকখলে থোইবীনা।
"করি বানো ইবেম্মা! মাতুংক্তি হাযমল্লি।"—
"কৎলবনি ঐগীদি হায়দোকখরে লোইজরে—
কবি ওইনা থোনবিনি, আকপিরো তাজবগে?"—
"ফবে ফুবিৎ তুরসি যীগা থাগে ইবেম্মা!"—
"রাম্না ফয়ে ইবুংগো!" যারে হবাও হরাওনা।
"মজাই-বেম্মা। ফুরিৎতি কনা তুনি" খম্বনা
হংজরকই; থোইবীনা-"মাঙ্গ ননাও তুজনি।"
হাযরতুনা সুরাদি কাতি মখুৎ স্নুহনা,
চপথাইথরে তুথরে খুবক হাংদে কুদাম্না।

"ঐদি নুপীনিমনে উরম্নোই; ইবুংঙোনা
হয়েং তেন খুনবা 'নুগা সংপা থোরাং পুম্বদো,
ননাও মুক্তা য়েংজগে।" হায়জরক্লে থোইবীনা।
"নূরা অসি অসিনি।" তোগদবা মওংদো
তোরে নূরা মাংতুদা থোইবী মুন্না য়েংহৌই।
থবকতুগী ফীবমতু য়েংনা তুখি ফুরিংতো।
"মথক থংবা ফুরিংনা সিদা কুদাম পাঞ্জগে,
হোরেন অসি লাকপদা সোমদা খুদোং চাগনি।
তামজরে অহুমদো ফুরিং তুবা লোইখরে।
শেংচিন্দুনা য়েংবদা নিংথিজরে খুমন্দো।
খুমন মথক উরগা "নুপী ওইনা পোকপনা
তিল্লবদি য়াদরে—মাঞ্জ মাগী মতোদো
য়েংজনিংই ঐহাক্লা।" কপই বিথি কৌদুনা॥
থোইবী সেন্নু হনখরে। নিঙেঙান কাদা থুংখরে॥

২

থাদোই মপা ইবুংঙো চিংখু নহা তেইম্লনা—
মোইরাং চৈরাপ লাংদগী থুংলবগা কৌরকই।
কোয়েংমকপু লোথোকত্রি ফম্ফম লাংদা ফমথদে।—
"ইপাইবেম্মা! কমদোরে, লোইরবরা কদায়নো?"
"সেন্নু ঙাওসিমরসি" নুরা অনি তামরে।
মজ্জাইবেম্মা থোইবীনা - "ইপাইবুংঙো কমদোবা?"
ইবেম্মা লোইরবরা"—"করিবু ওইরবনো,
লোইরবরা তাকপিবো?"—"ইবেম্মা! অসাইহুবো?"
"পাবুং অসাই হায়বদি?" 'অসাই হায়বদি' হায়বা,
বাসি হেক তাক্লবদা; যুবরাজ স্বাই লাওথ্রে।
ফি হুবুনে ইবেম্মা! ইনব ইন্দ-লাইখবে,
কংলা ফাওবা ইপাদি ফম্বা লাকপা য়াদরে।"

মপাই যাদু ভাবদা—"হী ইমাইপেম্মা, সেন্থু!"
হায়রে থোইবী থবাকয়। "হী করিনো! ইবেম্মা?
ফৌরুবদা হুগ্রত্রা?"—"ইপাইবুংঙো হুখিদে।"
"তুদি কৈনো ইবেম্মা?"—"পম্থৌ সনা য়াথংদি
কাওথোকউরে মনাই ঐ! লল্লোমবা মী অমনা,
হারৈ পোং অমথক্! মাদু পাম্মনগ্রতুনা,
ইমাখোইদা হংসিরা খঙ্গবস্থু ইকাইরে।
ফি অদুগী মমম্না পোং অতুবু লোহৌরে।
য়োম্থোকখরে ফিতুদি—ঐদি মাংঙে কমদৌনি!"
কমদৌসিগে হায়তুনা বাসিন্নরে থোইবীনা।
যুবরাজদো মপি ওরো ওরো তাতুনা,
কপ্লে নুংঙাইতবনা মরু লুকথরতুনা।—
যুবরাজনা—"থোইবী।"—"ইপা ইবুংঙো"—"থোইবী"
"ইপা ইবুংঙো।" অহুম লক্লি নম্গো কৌরকই॥
"পাপী গুপী, নহাক্না অম্থুক যাহনবনিকো!
চণ্ডান নুপী ফত্তবী! কয়া শিংলি হাই! ফীদো?"
"য়াথ্নে মঙ্গা পিরম্মি।"—চাম পিগে, হৌজিকমক,
লৌরু চংলু ফী অতু,- থিল্লে হৌজিকমক লৌরু!!
থাং অসি নং উদ্র হাই! ফি অতুবু পিদ্রবা,
লৌরুদ্রবা ঙসিদি—উরেদনা? হাংকম্মি।
ফি হৌজিকমক হৌজিকমক—থিল্লে থোইবী
হৌজিকমক!!"

চিংখু নহা তেইম্লেপা লিংজেন খাবা মপুনি।
মখুৎস্থু থাংলেন পায়রে প্রলয়গী ঁম হৌবগুম
ফমেন্দগী মমিংতু ইথেং তানা নুংঙাইতা!
মজাইবেম্মা থাদোইনা কোরৌ থুংনা কুপ্লবা
মালং লাইজ ওইরগা নিংঙোন কাদৈ য়েংঙকপা।

অরাম তনপাক য়ুমহুগী মনাই মশম অপুম্বা
থাম্বী মৈরী কংখরে। থ্রুক্ থ্রুক্ নিবগ্রে অম্পাকয়ুম।
"নুপী হাৎপা অমদি ইচা হাৎপা পাপ-হাযবা,
কিগ্নরোই ঐ"—হায়রুনা চপয়ুংখরে চিংখুবা!!
মমা মথৈ তানরে নাইজ হনবা কোহুনা
সেম্মখবে সিন্নরে। পলেম মমা তোম্বীনা,
নিঙেঙান কাদা চংহুনা লৈখ্রে থোইবা মনাক্তা।
মচাই থরাই কনবদি ঙমজবরা যেংজগে,
হোৎনখরে ফমখরে নুবা মচা কোন্দুনা॥
ইকাই হাক হুন্দোকই, নুরা থোইবী মাগদি
লেংগা ওইবী মমাদি—থাদোই সুংশিখিবনে,
মবুংঙোগী লিংজেননে খল্লুবদা মমাক্তোন,
রাখ্রবোইবে নুজাদো। মথক্তদি নিপাম্নি,
অহন ওইবী মচেম-ঙাক লৌতান্নদে, খনখিদ্রে।—
"নুরা ইচাই হায়ববু ঙসি কারো অসিদা,
মরোইরেদো ঐহাক্তা। লিংজেন খাবা নিপানি
হোরেন থাংলেন মখুৎম্নু, ইচাই লাল্লু চোমাই-সোই,
চাৎলগেদি হায়রুনা হাইথরকপা থাং অদো।
ঙম্মে ফাগে ইখুৎনা ইচা তুংদা থম্মগা,
ঙক্কোদরে ঐঙোন্দা পাল্লসন্নু ম্নান্সন্নু!!
নুরা ইচা' মাংত্রিড়ৈ ঐনা হান্না শিগ্রগে॥"
লেপগ্রে রাখন অশম্বা—থাদোকতরে থোইবীবু।
মমিগ্গা মপী তাবে-হিক্ক-কপই নুজাদো—
"শাওবিগনু ইবুংঙো! কাওন হৌনৈ কৈদোগে!
অপাম্ব'মা লাক্কবা নহানি-দো নমোমদি,
তুংগী রাখন তৌদ্রিবী মনিং তম্বী ইচানি
মথক মচেম শাৎচদে মখা মনাও ফোইজদে

পোকচবীনী মতোমদা। তরা সুবা নম্দো।
কবি অতুক শাওবগে- শাবিগনু ইবুংঙো!!—
হে থাংজিংও কোযবেল-লাই চিংউ নংনা কুবিয়ু!!—
মপুই থাংলেন মখুৎসু! নংনা হুন্দোকপিগনু
ইচায় হকচাং অসিদা থেংদ্রিবৈদা ঐডোন্দা,
থাংলেন হান্না শোরুসি। থাংজিং সাখী ওইরোকো!!"
তাম্না মানবী খোঞ্জেম্না কপ্প-কপ্প লাওবক্লে॥
নুবা নিঙোন কাতুদা মপায় মৈতু খাংজবা
লৈরাং মশক এতুদি কবি হায়না ইসিগে!!
নুজা বাশী অতুদা লাইনা ওইবী শক্লিনা।
লাইজ ইশিং ওইখরে—পলেম সেগী ময়াঙোন,
মালং মাবু ওইখরে- ভাংনা চাকপা মপাগী
থমোই মৈচাক অতুবু মুৎনদ্দো, অনিম্না
থাংজিং মাগী যোজাম্না. খন্থখরে চিংখুবা,
তালোংশিংগীলকপগী পুক্লিং লুপ্পা বাইথুংবী
মমাতোন্নে; থোইবীদি-মচাই প্রেমগা অনিনা,
লমজিং ওইনা চিংখুবা পুক্লিং মৈরী তামকই!
বাংলেন মিকুপ খন্দং তুমিল লৈরে। হায়বকই,—
"ক্.র ঐ রা হায়গ, নবন্নাই পিদবগী
ওইবা তাবে অতুদি। ইপা ইন্দক হায়বসে,
যাওনকো?" খুমদে থোইবী! মমাতোন্না "ইবেম্মা!
খুম্মুগবা লাংলেনহল!—"ইমাঙোন!" হায়ব-মথৈ
খুম্মি মখা তাখিদে। মমাতোন্না—"হায়দে ইচা,
করিসু" হায়না শমখি।—'তুদি ফরে ইপানা,
ভীখা ওইনা নিরগ? হযেং নংনা যোনখিবা,
ফীতু মচেৎ অমং—পাযরকপা তেক শক্লকপা!
তুম্না মীদো মহাক্কী প্রান লৌগেকো?" হায়বক্লে।

মাতু তারকপদদি নুরাই মকোক থক্তুদা
লোইবী মানা ননবগুম ৱাঙ্খ্রে লৈরাং ওইবীদো !!
"পিদসি মচা হাংপাতুগী পাপ্তু ইপাদা
লৈহৌরম্নি মিংচৎসি ঐগীবুদি হাৎসম্মু,
শিগে ইপায় মখুৎতা। পিরে কদায় ঐসিনা,
মাঙ্গ মাগী ৱানবা তৌরসিগে করম্না !!
মীকুপ অনি মরিদং খুমদে থোইবী তুমিল লৈ।
সেন্নু রোমদা ঈঙ্গিৎনা—"তয়ুম সেন্নু উরোইনা !
অসাইহুবো ?" হায়দুনা তানৈ নিংঙোন কাহুদা।
মিঙ্গা পিবু তারকই—ৱান-খল্লি থোইবীনা।
চিংনৈ ৱাতু ঙাহাক্তং। চিংখুবনা মচাদা—
"অপোকপা নপানি ঐ, পিফে মাতু মখৈদি !
হায়রে মচা নুপীদা। "উরোইনা মজাইবেম্মা !
হোয়নে সেন্নু উরোইদা, চেকসিল্লিদা ফীথানি,
সিদা মউরবদি মাংখ্রে। হায়বা অমগী
খোয়ুম মাগী নোংদম্না উগদবা মঙাইরে॥"
খনখ্রে মজাইবেম্মা। নুরা মায়থোং পাজদো
হাইগৎলকই মপাদা—"ইপাইবুংঙো রাফমদো
মুন্না তাজহৌদরে অমুক্তদি তাকপিখো !"
হায়রে ;—"সে নংগী ফিদো—নুপী নিপা থিররোই।
অঙাং অহন য়েংঙরোই। মচেৎ 'মতং পল্লকপা !
মাতু ইপা প্রান লোগে ? অসীনিদো।" হায়বীরে॥
পায়ম চাওবী থোইবীনা মনাই মাংদা চোংথোক্লে।
খুরু-শন-শা লৈদা-কুম্ ফজরবী শক-তুনা,
চেপ্তুক তৌনা হংগৎলে—"সমি হায়বা লাইহুনা
তৌরমাল্লে ঐহাকসু—কাওজরুরে য়োম্বোকখ্রে।
তাকপিরিবা য়াথংদো পাবুং চোরোম অনিদা

কংচবে ননাই ঐনা।" পিথাবরে থোইবীনা।
মচাই মরা' তাবদা চিংখুবদি ইংখবে
পাযম লিংজন খাবদো॥ মোমোন নোকই চিংখুবা—
"মমাশিংবো তাবরা—চাক চারগে ঐহাকসু,
অমা কাইরে অমদি থুংগে ঐগী নিংবদি।"
হাযরে। অবাম তমপাকযুম ইংখ্রে চাক চানখবে।
কোরৌ মমৈ ওইখরে সুমিৎ তাপ্রে থংখবে।
কেগে ইচিক হুনখরে তুম্লখবে লোইনবা।
মনাওরুংতো চিংখুবা তুম্বা যদে উইখিদ্রে।
"ঐদি খম্ব নাতবু হাংকে হাযবৈ হাযবনি।
মথোন কারকপা অমা ইচাই মমাম্নবী ওই,
অচাং নরা থোকউরা—শসম অনইবা থাংজিং!
পাক্তক শইনা রাশকখ্রে নরঙদি লৈজবা,
ইচামা যোল্লবগী কবম্নো। হাযনা খনখ্রে'
খঞ্জিন খঞ্জিল্লুরগা চিংম ননগুম রাযক্লে
তুমখিদারে চিংখুবা বাবা চমখৈ লৈখিদে!!
নুরা মজা ইবেম্মা, ইনুং শোইবা কল্পনা,
নুবা চুবা চাইথিংথক সাইনোন ইভাই খা-অদো,
শিমা পুম্লুপ লুপখবে। হাংপনদি পুদবা,
হাংলু হাযবা ঐনদি পুগদৌরি পাপ-অসি,
ইপুরোইবা হাংপগী। কগ্নো হাযনা খনখরে।
মনাই সেম্নু রাখরে "অদ অদা হাযদনা
থিংজরম্মবদিনে থোকওইদনি অম্নুরা,"
অমুক হেন্না কপখরে মনাই সেম্ন কৌবিনা।
"থাদোই ইহাক খকতগী লমজা খম্বা নংহাকপু
যাইবী মাচঙগবরা—খোযুম নংনা কুবিয়ু।
হরি কৌবা নহাক্লা কোরৌ চুপপ সেনবিযু

লমজ্ঞা উপায় ওইবীয়ু।" হায়না কপখি থোইবীদো।
মিংকী কক্লা অমতা সুমখিদবে থাদোইদো!
কাইরৈ-এম্বা খোংনেম্বা! কাইবৈ এম্বাখনুংদগী,
ইনুং সোরা মথোংতৈ—কোরৌ নাতৈ লাকপগী
কেক্রেক-'কেক হায়না মাম্বা যাগ-খোংদমুবক্লে॥
এ'খোং অহানবমক্তা যুবরাজ হৌগংলি।
তালোই মাপন হৌদোকই। মনাই মশন হৌগংলে।
"ওন্তা হৌই করিনো!" সিগী মক্সু মরানৈ।
কেগে নিংথৌ মশানৌ যুবরাজ শিংখোং 'নেম্বা—
পাযমা মতৌ অমনি। যাগী যাদে চিংখুবা॥
সিনা নুংশা থিনখি নুংদা হুবু চেমবনি॥
থোইবী সেনু অনিস্থু তুম্বা মপে নুমিত্তো,
হৌগৎলগা ওন্তহ্—নূবা নানবা ইযোংশং
হুমদাং খুমৈ পাবহ্না- "শাবী 'বুংগো ন্নংশিবা!
উরিগদরা নংবো, মাঙ্গ মংলাঙ্গানহ্দা।"
হায়না কপই থোইবীনা চেংগৈরোনদা ওন্দূনা॥
খুমন মচিন মৌপুবা ওন্তা হৌই অনিস্থু।
খুমন মচেম অহ্না—"ইদু নিংথৌ ইবুংগো।
হৌদ্রিবরা নহাকপো।" হৌদোকউবে। "ইচেম্মান!
তফিং তফিং করিনো?" হংই খম্বা মচেদা॥
মচিন মৌপুবা হৌগৎলে—খুমন ইবুংগো তাওনে!
নোংযাই ইচেম মংলীগে। "ইচৈবেম্মা লীবীয়ু।"
সুম্মা অনি হায়নজে খুমন চনু মচেম্মা
ইতুনিংথৌ ইবুংগা! পলেম পম্থৌ অমিনা,
নোংম্বাই নংবু পোকপদি মচেম ঐগী রানবা
পোক্লম্রোইকো শাজোতোন! রাখবেদা ইবুংগো!!
"খম্ব লাইবক থিদকো।" হায়বম্লগা খম্বদো

ইন্নুংঙাল্লকপ-হুদা কপথুবেদা লমজাদো ॥
মচেম মতৌ উবদা লৈবা ঙমদে খম্বদো।
উংত্তে'ববা মত্তৌদি—"হায়বিন্নু তাখিসিবা।
ইচেই মঙদো কম্নিনো? ইচেমগী 'বুঙো খম্বা!
'অকাবদা তেন্ন-তম, অকুম্বদা তান তম্
মনাও বুঙো চিংখুবা পায়ম খাবা মহাক্না
তৌগদৌয়ি নহাকপু। চবৈহুপী বাথোকই।
চেকশিল্লুকো হায়রম্মি! ইচেম 'বুংঙো মাংঙেদো
খম্বা করম দৌগনি।" কপখ্রে থাম্বা য়াদরে ॥
খম্বগী মঙগা মান্নৈ মচেম' লীব-অহুগা
মচেম বাখিনি হায়না হাযদোক্তুরে মাপীদি।
খুমন মানা "ইচেম্মন! মঙ হাযবা অসিগীদি,
বারে বানা মমঙই নিংউ নিংউবগীনি।
খোইয়ুম মাগী থৌঞ্জাম্মি করি পংবা বাব্রিবা।"
সুম্মা খুমজৈ খম্বনা মচেম' মবুক চাওহল্লি।!
কেগে লৈপাক অপুম্বা চাবা থকপা লোয়খরে!
মোইরাং নিংথৌ ইবুঙো সনকক পম্ন হাপ্রে।
চিংখুবনা- "ইবেম্মা থক্তু এগাই লোন্দবী,
খাদা ননাও তাদবী! ইচানা থোংবা চাগে!
সংগাই থন্ বী মমাশা! লাংউ সেবা নখোইমা।"
হায়মা থোইবী মচানা মপায় চাক তু থোংহুনা;
"ঐনা হোয়েন খম্ববু হাংলবদি মপাগা
থোংলেন্ লাম্বা তৌগনি চংবা-শিব-খংদেদো।"
অসি ফাওবা খন্দুনা চাব লোইখ্রে চিংখুবা ॥
মোইবাং ক্বাকসং, কোম্নুংম্ন লৈপাক তিনবা লোইদৌরে।
লোইবী পানত্র কবোক্লে ইন্নুং লিক্লা চানদি,
লোইবী থক্তা শাংপগী কোয়ৌ মচিন্-গুমথরে ॥

ফারান ময়াম অতুনা ফজবগী লোইরক্লে ।।
অঙোম নোংবান কারক্লে – সনরুপ্প ভেন্দোং-পো,
চাখুম সেনাৎ – ভাইখরে—সনা কোম্নুং তম্পাকয়ুম,
মপুই মংগোন তৌরকই, মতম অতু ওইরক্লে ।।
লাইর-খাংপোক সংলোমদা—মচিন মৌপ্বা অনিদো
তরা চাক্রুক অমদা য়েৎক-ওইগ—ফমজরে ।
খম্বু চখোম অমতং লৌখৎলগা খম্বদা –
"খোয়ুম লাইদা কৎলবা পলেম পম্থৌ কৎলবা,
তরা চাখোম অসিদি অমৃতনি শাজোবা !
পুন্সিগনি, মাং-তারোই, থাংবু তাবু চংদবা
ওইরসনু অসিনা !!" হায়না বোর পিবিরে ।।
"ইচেম, বোর অসিনা—য়োৎকী ফুরিৎ ওইজগে ।"
খুমন বোর লৌজরে । চামিম্নরে, লোইজরে ।।
খুমন শাগৈ-নিংথৌনা পিনরকপা খাংচেৎনি,
মংগোন ওইনি হায়না কাওফা ভৈদা পিরকপা,
খুমন নিংথৌ মনাদো খামেন চৎপা শেংখরে ।।
কেগে নিংথৌনা পিবা মথক থংভে ফুরিৎনা ।
বাথোক ফুরিৎ' অতু মথা ইথং থংখরে ।
হয়াইনুনা পিরকপা লমথাং-খুংলৎ য়েংখরে ।।
খম্বু চরৈ নিংথিবা হোংদোকলগা লাইরবী,
– মমাই ফম্ফম্নাংতুদা ফমথখরে লাইরবী ।
নোংমাই মংগোন তৌরক্লে "পলেম ইমা ইবেম্মা !
মংগোন ওইজরক্কেকো ।" খুরুমজরে মচেমবু ।
"ইপা মানবা ইবুংভো ! মংঙোন ওইয়ু" হায়তুনা
বোর পিরে মচেম্মা । খুমন মাবু কারক্লে ।।
যুবরাজ স্না-য়াথং—মতম ওইরে চংলসি ।—
. পাপ্তি শিংবু ! মতমসি ওইরবরা কমদৌরি ।—

মনাই ঐখোয়গীদদি মিকুপ তরেৎতং বাংলি ॥"
নাইজ হন্‌বনা—"তুদি বাংলবদি চারিনা,
সনা হাকথং খম্বদো লাক্লি যুব্‌রাজবু !!"
হায়জে; মাহু তাবদা-- যুব্রাজনা—"হায় ! করি !
নাইজহন্‌বা ! মাগুম্বু, ঐনা হৌজিক ঙাইগদ্রা !"
চয়ে নাইজহনববু। ঙক্লখবে ময়ামদো !
মুম্না তৌরিঙৈদ্রবদা খম্বা মাম্বু থুংজরে।
লাকএ লাকএ হায়নরে। খম্ব-চংশিল্লক্কুনা—
"খোংহৌ থরখিৎ থিনগ্রে।" হায়না খম্ব খুরুম্মই।
কৌদে-য়েংদে চিংখুবা। ঙাংনৈ মুম্বুক চুম্বুক্লা।
থোইবী সেন্নু অনিনা যেংই উরে মিচুত্তা,—
"কন্নো সেন্নু অসিদে পান্নকাদি লাংউবে—
ঐনা পিনি ইবেম্মা ! লৈবি মুম্না হায়নবি॥
লৈপাক তিনবা অতৃগী ইং-লৈ পান্ন য়েল্লকই।
চিংখুবনা ঙসি দি ঐগী খুৎমা যেনজগে ?"
হাযবে, ময়াম অতৃনা- "ননাই ঐখোই তৌজগে। -
ঐনা নিংবা থুংজগে ঙসিতদি য়েনজগে।"
থিংবা য়াদ্রে, যুব্রাজ মখুৎমক্লা পান্নদো,
য়েল্লে যুবরাজনা—"ঐবু থাদোকপিগম্মু,
সেন্নবিয়ু চেকসিন্না ঙসি কৌবা হুম্বিত্তি।"
হায়না অঙাং পিশকক্কাও মীপুম তিংনা চিংখুবা !
বাহৈ তাওজিং খুদোল ওই। পান্ন য়েনবা লোইথরে।
লমজা খম্ব মাদদি থুংখিদরে পান্ন দো॥
থৌদো অসি উবদা ঙক্লখবে ময়ামতু।
নাইজহনবা মমথরে- খল্লি খনবা থোক্করে।
নাইজহনবা হায়বসি,—:কগে থোইবাং লৈপাক্তা
মিংন-কন্ন-য়েংনবা ঙম্নদবী-ইবেম্মা !

কেন্নু-লমকেং লক্লাইনা পাঙ্গুরিবী থোইবীবু,
ভান্দুনা ফুবা ওম্বা; সংগাই থনবা ভালোইশিং,
যুবরাজ চিংখুবা, মানা হান্নবা যাত্নদা
ওম্নদে হোয় মাই হায়বা—মানা তৌরগা লোইরে,
যুবরাজগী কাদা স্নুম্না নাইজহনবনি ॥
পান্ন-য়েনবা লোইবদা 'চংসি' হায়না চিংখুবা
লাওগ্রে নৈপাক য়েংত্নুনা, যুবরাজ হৌগংলে।
নাইজহনবা শাওখবে—যুব্রাজ মতৌ উনা—
'ঙাইখো মনাও ইবুংঙো! যুব্রাজ করি চংকনি!
ঐখোই খ্বাইদি ফক্লাংনি সনা হকথং সিবুদি,
খুরুম্নস্নু ওকপিদা, পান্ন য়েল্লি থুংবিদা!
করিনো, করি য়োল্লি উদে ঐখোই কনাস্নু!—
অকন্ অথৌ কনা নৈ? থোগন তেন্দোং পোরো লাও!
পোহল্লোই খম্ববুদি।" লাওরে নাইজহনবনা॥
চিন্দি থোক্তে কন্নদে, চুম্মি-চুম্মি হায়নবে॥
যুব্রাজনা—"হঞ্জবা! অজ্ঞা!—হঞ্জবা!—অজ্ঞা!"
মরিরক কৌই—শাওগ্রে—! যুব্রাজ মৈ হৌবগুমই॥
"ইনিংনিনা করিনো—কবি ঙাংই হঞ্জবা!
পোদদনা ওমগব্রা? মুংগাই হুম্ববগুম্না
ঙংনা ঙাংই চিংখুবা! নাইজহনবনা "-কম্না!
করি পোহল্লুগনি। শাদম্ লান্দম্না নব্রা?
কনানা তাকই স্নুম্না? থাংনা য়াঁনগে হাযবরা,
তান-থিন্‌গে নিংবরা? তৌরবো লাও চেহল্লোই।—
—খুমন মচা ভাবরা, মোংয়াই খম্বা চেনগনু—।
হায়গ্রে নাইজহনবনা। খুমন মানা ভাবদা,
নাইজহনবা কৌবদো—মোংয়াই-মপা ওইনদি
উগ্রে খুমন কপথরে—পায়ম-নুংদা, ইবুংঙো!!

মরু লুকথৈ চিংখুবা—ঙাহাক লুকথরুরগা,—
"ঙাইখো শাওনু বা 'ম-লৈ।" হায়বিরকই চিংখুবা।
হঙ্গবনা—"করিনো?—মাবু ঐনা পিনিংবা
পামহু-ভুক থোকফাংতে; তুগী থুংউদবনি।
হোরেন মোইরাং কাকশং-দা, চাল্লি হায়বা খংহনগে,
সনা মাংদা পিনিংই—নং করিগী শাওরিবা?—
মাহু চুমদ্রে যুব্রাজ, মনুংগী বানি মাহু;
মাহু চুমদে পিবিয়ু সনা খুৎনা হৌজিকমক!"
য়াদ্রে নাইজহনবনা। চিংখুবনা পিনরে,
খুমন মাগী পান্ন-দো। নোংয়াই ফীগাও শান-লো,
মুংঙাইখিদে মবুক্তি। তৌনরিবা অপুম্বা,
সংগাই থনবী ময়ামনে নূরা মজাইবেম্বা
উথি থৌদো খিবিকসি। থম্বই-দমক বাবরু
মামখরে ময়ামদো—পায়ম-মুংদা চাকহৌই।
নূরা ইন্দ্রি মুংহনা খোয়ুম থাগোমহৌই।
যাত্রা তৌরে ময়ামদো;—নিংথৌগীম্ভু তৌরক্লে।
মাম্নে খোংফম অনিমক, কেগে লৈপাক চৎলক্লে॥
খুনেৎ শাদি লুবাংবা, পিসিন্দ্রাই লমকেৎপ-তোং,
মপু মোইরাং নিংথৌনা, যুব্রাজনা শগোন্দা,
খম্বা মানা মাংদ-থায়—সনরুপ তেন্দোং-পো,
লাংগোই কাল্লে মাং-ওইনা খম্ব মানা লাকপদো;
মোইরাং লৈপাক অহুগী মিংকী কুম্ম ওইহৌরে॥
নিংথৌ মচিন মনাওদো, কেগে অউন কৈথেন্দা
উন্নথরে, কৌনরে॥ লাংগোই শমু থক্তুদা
সনাপতি কাখৎলে চিংখুবনা মাং থারে॥
মাগী থৌগন ওইবনি খম্ব-কাখৎলু হায়নৈ।
য়াখিদ্দরে শাজৌনা অমরোমদি নিংথৌগী

সনকুপ্প-ভেন্দোং-পো, অঙোম নোংবান মহাক্না
লাংগোই সমু মথক্তা-থোগন তৌবি অমুম্না।
চিংখুবদি মহাক্সু খম্বা মাখা থোগন তৌ,
চংকদবা অতুদা লাংগোই সম্নাং থক্তদি
থোগন অতু য়াঙদরে। সমু খুমাং শ্নেৎ-থংবা
দোমদা খম্বা চংলকই খোংনা থোগন তৌরকই॥
তুনা থোইনা নিংথিরে ভক্তি রোমদা চংখরে।
খুমন মানা লাকপদো সমু য়াইশ লেমজবা
নিংথো মাসু তোংইবা শমু মানা লুম্ববু
লমজা মানা হেনখরে থাগৎনখী লৈপাক্না॥
খুমন খোংনা লাকপদা মুসুক মুসুক ঙাংনখি।
মোইরাং নিংথৌ মপুনা-"খুমন নংবু কাখৎলু।"
হায়ন-ভাকপিরকপদা-"ননাই ইতিক চাজদে,
সুম্মা থোগন তৌজগে।" হংগৎলকই খম্বনা॥
বিষ্ণু ওইবা নিংথৌনা-উগ্রে মবোল অপুম্বা॥
পেন্নখিদে লৈপাক্না লমজা খম্ব-উবদা॥
মোইরাং মপান কাংজৈবুং কেগে উকায শং শ্নৌবে।
থাংগরাকপা অঙম্বা! থাংগঈ-ওন্বা কবাং
থেংগাক্নরে, কয়াংগী চিংলক্তগী ইশিংদো
শোকউরে পুজরক্লে। লম্লেন কবাং-থেন-তুদা
হৈগল-লাক্কন থারম্মি। ইশিং অতু মুংজেংগী
ইশিং তুগা ওন্নরে। মুংজেংগীনা য়াংখরে।
ইশিং অসি শোকপদা মৈতান, হাপু, তিঙ্গলসু
য়াওই-'মৌগি-মীনাদি, খংনবা হাপু চেনবা
পামেনশিংগী মরুদা তিন্ন-চিকপগুম থোকই।'
লৈপাক পাওসি তন্নরে। তরেৎ ইসেন্দ্রাই,-সেন্দ্রোই-
লম্ঙান নাইবা নোংবান্দে নাহাদে।" হায়না লাওই।

চোংসিন্দুনা তেল-অত্থু সংলে নোংবান মহাক্না ॥
"করি খোল্লাগনো সিদে।" হায়নরকই লৈপাক্না।
"তুমিন-লৈয়ু হায়রুম্মু--অচৌ' মচা অমনি।
তার' বেরা ওইনমি।।" মহৈ মহৈ খ্রামজিন্নৈ।।
নোংবান তেনত্থু সংলক্লে। থবাক্তা পাল্লি তম্মে।
"কাপ্লগে চেল্লে।" হায়না নিংথৌ সনা খুৎতুদা
তৈন মরিত্থু নোংবান্না কৎলমলগা, কাপ্লগা
নোংবান চেল্লকপত্থুগা থোংহৌ মান্নখিববু,
নোংবান মামা য়াংবম্থু—সম-হুন থুগাইত্তা থোইনা,
তেল অত্থুনা রাবোমগী কোকপী মথংদা পাল্লে।
তেন-সংলে কৎলে, তম্মে—পানকম শোইরি হংগৎলে।
খুৎকাপ মঙা অত্থুমক পামকুম সোইরে নিংথৌগী,
মপু সনা মাইথোংদা লাংশিনথরে মুংঙাইতে।
নিংথৌ খুকাপ স্থুবদা মপু সনা য়াথংদো :
"ইমাও তোনবু! ঙসিদি মাইপাক্নবা কাপ্লম্মু।
কুমশি কয়া কৎতেদো।" তাকপিথরে মনাওদা॥
নামোইজাম্বনা উকায় পাইরি, উকায়ত্থু কারে,
যুবরাজনা—"মামোই! খুৎকাপ অমা ওইন-ঐ
কপকনি কো! নিংথিংনা উকায় অসি পায়্যুকো॥"
তাকপিথরে যুব্রাজ। খম্ব নক্ক চংসিল্লি।
ইনক্ নক্লা—"হাই খম্বা! অজ্ঞা!—তেন পিয়ুন হাই!"
হায়না যুব্রাজ শাওগুম ঙাংবসি তায় - লৈপাক্লা।
"থবাই হকচাং ওইদোবা যুবরাজ, খম্বনি
মুতি লৈখাক্কা মান্নদে কৈনো মতা 'মনি।
সুম্না ঙাংনৈ; চাওবম্থু তারে ঙসি খোন্দাসি,—
"শা, হুইবু কৌবদোনা—।" খল্লে নোংথোন মবুক্তা।
ইরাই কোন্-রাইকোন্ লম্লেন-লম্মুংশি, 'ওম্ব চিংদা,

খুয়োল-লাকপা লাক্লেদো কাক তানবগী দমক্তা॥
লোইবী-হেম্পাং-অমুবা, চেক্লা যাকৈ-পাওহন্-চেক্,
কাক 'হুবু কাপ্লুবদা তেন কাপ মবিবক ফাওবা,
পাইথোক্লবে কাক-অদো। খুৎকাপ মঙা মুবদা,
পাইখি চেক্লা চাহুবু। 'থোংনাং কাক অমুবা' হায়;
"নোংবান পোম্বী লুরাও-চেক'—হায়বা অমম্ব লৈবি।
অমোম্ব পোম্বী কৌনৈ। লাব-বু 'চেক্লা' কৌনৈ॥
কাক অহুবু অরাংদা পাইখৎখরগা অমুক,
পাইথরকই কোম্নুংদা; কংলা-সাইবু মখোন্দা
তোংখিমাল্লে খন্নবে। হল্লক্লগা নিংথোদা,
কাকী পাওসি তম্নবে। কবি থোকই খন্নবে—
"সনা কোন্নুং রাইচিনবা সনা পুক্লিং, হকচাংদা
মুংঙাইতবগুম্বদি থোক্কদরা" হংগৎত্রে।
লৈপাক ওইব হৌনবা মুমুক মুমুক ঙাংনরে॥
মোইরাং নিংথৌ মপুনা—"ইনাও তোনবু তাবরা!
ঈ ওনবা, কাক তানবদা, খুৎচুপ তেল্লি থোকপদা,
মুংঙাইতেদো ইবুংঙো! নং ঐগী মতাং ওইরে,
উকায় কাপ্নসি লাকও! খুৎকাপ মঙা মঙাদৈ,
হেন্নগন্নুসি।" হায়নৈ। উকায পা'য়বে নামোইনা।
উকায় খক্তা লেংখৎলে। তেন-মঙাদং নোংবান্না
খল্লে পায়রে মখুৎতা। অহানবহু কংলম্মে।
নোংবান চেনখ্রে; নিংথৌনা 'হানবা তেন হু থাবল্লে॥
তেন্ন হেঙ্গৎখিহুনা নোংবান মমাং থাখবে।
রাবোনগী থমোইদা পানখ্রে তেন্দো অহানবদা॥
নোংবান চেপ্পিনখিহুনা—"অঙোম শাগৈ মুংদগী
ঙম্মি-তেন্দা হুনগুম্বা, খামেন চৎপ-ফীরান-গুম,

ফৈরোইজাম্বা নুংঙাইতে, খনপ্রে মপানা খন-শুম্ ॥
"ফাগি তৌনু ঙসিদি, হাবা যাদে চেক্সিল্লু।
ইওনবগী পাওদা গা কাকী মপাও অহুগা,
ঙসি যুবরাজনা কনাবুনো শাংন্নিবা!
ঐখোই লৈপাক লোমদরা।" নাপ্প-চিক্লা-ঙাংনখি।
ঙাংমবিঙৈ সিমক্তা চিংখুবনা খম্বদা,
"খম্বা।—অজ্ঞা ননাই ঐ, সনা থৌগন তৌজবি।—
বরি হায়না তৌরিবা, তেন পিযুদনা হু'দ।"
হায়নবসি তাবদা, নুংঙাইখিব্রে চাওবদো।—
"ননাও 'বুংঙো ক্তেন-কাপউ! সনা পুরিং করম্বা
নুংঙাইবি-বমবা মিংথিজনা কাপ্লিয়ু।"
হাযরে চাওবা, মাহুদা - চিংখুবনা—"ইপুনা,
থৌদারিববা ঐবু! কাপ্লিংলগা কাপকনি।
কাপ্লিংদ্রগা তোকনি।" খুম্মে লৈপাক মাংহুদা।
নুংঙাইখিব্রে চাওবদো চংখ্রে থোংলেন তামবে।
নোইরাং থোংলেন অথৌবা হাযক্লবদা চাওবনা—
"শোইদ্রববা নোংথোম্বা? শোইদ্রে মন্ত্রি ইতাওবু!
ইচা' করি লান্দুনা—" হাযরম্মগা থোংলেন্না,
থাং চুংগোই পায়খংখরে তাংবন থক্তা হৌগংলে॥
সোমদা খম্বা মচানা—'ননাই ঐনা কংপুদি
ইত্তিক চাদে লৌবিসি, সনা পুক্লিংনা 'পাম্বা।"
হাযহুনা খম্ব তেন্দোং চিংখুবদ. লুক্লিল্লি।
"খন্দনকো।" হাযহুনা তেন তকুক চিংখুবনা,
সংখ্রে তেন-হু থাবে হুম, মপাকক্তা যেংখিদে।
তেম্না থাখিবা খম্বনা অহুম তামজরকই।
যুবরাজ উখিব্রে অতৈ পোংশক অমত্তা
খম্বদবু য়েংথবে। অহানবগী তেন অহু

রাবোন' খদাংদ পাল্লি। "নহাদে খম্বা লমজা!
কেগে সান্না মচাদে লাইরবদে অদোম্দে।"
লাওরে খম্বা চোংসিল্লে তেল অহু শৎচরুরে।
খুমন খোল্লাও ভাবদা মুংঙাইখিদ্রে নৈপাক্লা॥
পাম্‌খিবগা, সৎপগা, সৎপগা কৎকে খম্বা
লাকপদা নিংথৌ' তৌগুম চিংখুবা তৌদ্রে তেন-হু,
থারক্লে। খম্বা মানা লাকপগা লমখাংহুদা
খুমন তেনহু ওক্লরে। তেনগী মতুং ইলক্লে,
খম্বা অমুক হল্লকে, থুংমিন্নরে তেন হুগা।
অনি সুবা তেন হুনা রাবোন কোক্লেন মথংদা
পাল্লে। খম্ব—"নহাদে পারি পুরি তম্বদে।"
হায়না লাওরে শৎলুরে। চিংখুবদি-য়েংঙকই—
"ফিসি উদে কবিনো! হায়না খল্লুবগদি,
তেন অনি কৎচরুগে—খম্ব মানা লাকপমা
থুংঙদ্রিঙৈ অহুদা চিংখুবা তেন থারক্লে।
খম্বা অমুক হন্দুনা তেনগী মতুং ইন্নখ্রে।
অহুম সুবা তেন-হুনা বাবোন কোকপী' লুহুপ্লা
পানখরে খম্বা মানা মুংঙাইখিদ্রে থমোইদা।
"ইপা ইমা নৈতবা ঐগী মিচং রাৎপনি।"
খনখিবনা খম্বনা—"মনাও 'বুংঙো মনাইদে!"
হায়না খম্বা চোংখৎশ্রে। মুংঙাইতবা ইরোইনৈ।
তেল অহু সৎলগদি খম্বা জগোই শাখরে।
পাম্বোম রাংনা থাংগৎলি॥ ওম্ভোকপনি খম্বদো!—
রাম্বো হায়না তমপ্রবোই! কাক্তা মুংশিং লাক্তুনা,
সনা হৈক্ক পাল্লিবা ফুরিৎ মরোন অহুবু,
হাইদোকউরে হুমদোক্লে। মখা ইথং থংইবা,
কীহুদা তরু তরু, হকচাং নপ্পইবা অহু

উরে লৈপাক্ পুম্নমক চিংখুবদা নংত্রুরে ॥
"লৈয়ে ইন্নাগ্নি পাপী! হাংকে ঙসি কোয়ৌদা,
ঙাওহনবদি ইচাবু! থম্মরোইদো মোইরাংদা!
মঙোন্দদা তেন-ভম্‌গে! স্নুক ফজবা ফীহুবু
পাপী মাবা য়াংখাইরে—পাম্মুইদকো ফি অদো।"
হায়রুবগা চিংখুবা লীরি নাখোং ফংনদি
চিংউরগা চিংখুবা খুমন থমোই তম্‌খয়ে।
থারে তেন-হু পাইসিনখি। থবাক তম্মা পাইরকপা,
থাগদবা থবাক্তা খম্বা! খুদোন অনিতা
মঙাইখরে। খম্বনা—"মনাও 'বুংঙো পানাদে!"
হায়না লাওরে খম্বনা। তেঙ্গিন লোমদা খুবাক্পা
য়ৈথরগা ভেক্কোকতা লমজা মখুৎ অতুনা
ফারে তেন্দো তরাইনা। লৈপাকপুম্বা ঙকখরে।
খম্বা জগোই শাখরে। মোইরাং নিংথৌ মপুনা—
"তম্নম নোংবান য়েংউনা, নিংথিজৈদা ফজেদা!"
থগৎপিথি মনাইবু। চিংখুবনা কাপ্পদা
খুমন তমথিবহুদি উহৌদরে নিংথৌদি ॥
ঙকশম্ তম্ন অমুক্তা চিংখুবনা তেন্-থারে।
চিংখুনাহা তেহ্‌ল্লবা হায়না মোইরাং লৈপাক্তা,
হান্নরিব। চিংখুবা মানা থাবা তেনহুদি
লেপ্ন চৎপা হৌনদে। খম্বা ঙকশম মপাদা
পাইসিল্লক্লে তেল-অদো। খম্বা মমায় লৈথোক্তে।
খম্বা-মানা—"নহাদে! লাইরবদে খুমন্দে!
অথাই চারু চাওবদে, অনি চারু থনবদে।"
হায়না লাওরে লমজানা! ঙক্শম্ চেপ্রুক তৌহুনা,
ফাগ্রে খম্বা তেল অদো। তেন মঙা স্নুরে, খম্বা!
মাহু পাম্নরগা অমুক—"মনাও 'বুংঙো মনাইদে"

ভেম-মঙা অহু উংলক্লে চিংখুবা মপুদনা,
লাওখি কেগে লৈপাক্তা; তেন কৎকে খম্বা লাক্লে ॥
তেন-কৎকে লাকপসিদা অম্মক্নু তেন-থারক্লে।
"খুমন ঐবু ভমক্লে—তরারক্নু কাপসন্নু,
খম্বা ইমায় লৈররোই" হায়না নিংথ্রে লমজাদো।
চান্না লাংগোম্ তেন্না-চন মচিন লৈত্তাম্ খোইজাদি
মেৎনা শাবা মচিন্দা হু তৈববা তেল অদো।
উরে খম্বা ঙাইখরে। 'মাংঙে মাংঙে" হায়বনা
নিনথ্রে লৈপাক অপুম্বা। "খম্বদা তেন-ভমখরে।"
হায়বসে খংনখরে। খুৎকাপ হেল্লে হায়নরে।
নিংথৌ য়েংঙে, হৌগৎলে উরে খম্বে এত্তৌদো,
লাওরে—"শাজৌ ইবুংঙো! চেপউগবা নশাদো।"
চাওবা লাওরে-"ইবুংঙো! ইকু নৈদো চেপকন্নু।"
মন্ত্রি লাওরে—"অতোম থোক! নংবু তেন্ন-ভম্বদো।
অহুগুম্বা মী অদো মঙক শম্ লুরেন শোইগে!
শান-নমৈ-বাইরক্কে।" থোংলেন মচাবু য়েংই॥
"চুমদে হাই যুবরাজ" স্নম্না লাওই লৈপাকস্নু।
তেন অসিনা অহানবা পাইথোবকপা 'হুদগী
লমখাং অহুবাইদগী তেল অসিমক লেপ্পগুম
খাংন-খাংন লাকইবা—লৈপাক উই, যুব্রাজ
ভশেং ভশেং উজবে। মুঙাইখিদে যুব্রাজ,
উকাই থক্তে ভাদৌই-মখোং থিল্লি চিংখুবা,
মখা চিকই খল্লকই—"তেল অমতং ইখুৎতা
লৈরম-মৈদি খংদৌবু" চিন্সু থোক্ল-হায়রকই।
নামোইজাম্বস্নু ভাক্তে, উকাই থৌরী থাদোকই।
"অহুম থাদোকপদি, হাই! হৌনবরা," চৈবিরে,
ফৈয়োইজাম্বা চোংথোকই খংনবকপা উবদা।

মুংঙাইখিদ্রবোই নামোই—"মনাও 'বুংঙো উকাইবু,
তোংবিবয়া অহুম্না"—খুম্মে নামোইজাম্বস্ ॥
থাংজিং মানা "ইনাইদি খম্বা শোইবা য়াদেদো,"
হায়না তেনগী তেন্নিংদা ফারে তেন্দু লাকপদা।
খম্বা থোংফম লেংদনা ফারে তেন-হু নিংথিমা ॥
উকাইদগী যুব্রাজ চোংথখরে। খম্বনা—
"মনাও 'বুংঙো ঙাইবিখো ননাই তেন-সি কৎখিগে ॥"
খুমন মপাও তাবদা পেন্নখরে লৈপাক্না।
"ঋাংগোন নিংথৌ ঙাইবিখো,—নয়াম্বুং ইবুংঙোদি,
লক্ষ্মন। শাবদনি ঙসি উকাই কাপ্পবু!..
ননাই ঐ তেন কৎখিগে। কাপ্পিখোনা ইবুংঙো।"
হায়না লাওই খম্বনা। ফৈবোইজাম্বা থোংলেনদি,
শাবাও লালাওখোন তৌরে। লৈপাক নিংথৌ নিকখরে ॥
মমিৎ ঈগুম ঙাংনদি খুমন মচা চংলকই।
চাওবা ঈঙ্গিং তৌরকই। খম্ব তেল অহু কৎলি।
লৌদে যুবরাজনা। "লৌবিয়ুনা ইবুংঙো!
ননাই কৈদা কাইবগে!" নোংথোন মানা লাওরকই।
চিংখুবনা "খম্ব" হায়। তেন্দোং ফাওবা হুক্তোক্লে।
লৈপাক মাংদা খম্বনা—লৈপাক্ত থক্তা ফম্মুরে।
নাইজহনবনা ঙাংই—"সিবু থোক্তননবা
ঐনা হায়দো লৌবিদে! কব্রি লেপ্পে ফজরে।"
খুমদে যুবরাজদো ॥ খম্ব যুব্রাজৈ মাংদা
খুক খুদক কুন্দুনা লৈরে স্নুকলেং লেংদানা।
লৈথক্ লৈথা চেন্দুনা খম্বা মাগী মবুক্তো ॥
"খুমন নংবু থোরকউ।" কৌই নাইজহনবনা।
"ইপু" হায়না খুম্মকই, খম্ব-থোকউ য়াদরে।
কেগে লৈপাক অহুনা-"অথৌবগী মচানি।

ম্বাররোই।" হায়না ঙাংনৈ। মপা মকু অনিনা -
"শাজো কৈদৌরিবগে ?" লাকও হায়না কৌরুরে।
"সনা থোগম লোইদরি।" হায়না খম্বা খুম্মকই।
মমান চাওবা নোংথাম্না—"লোইরেদনা করিনো !"
"ঐসিনা মুংঙাইজরি।" হাম্বে লমজা খম্বদো।।
চাওবা মানা নিংথৌদা—"মপু ইবুংঙো! ঙসিবু,
কৈদা লেংথোকউবগে ?—ঐ চৎথোকভেনা ইপু।—
রাবোন কাপ্লিরবরা ?—কাপ্এ।—থুকাপ হেনববু,
মপু সনা য়াথংলা ? - করি রানোদা ইপু !—
অহুদি তুম্মিববা ?—অকাপ্পদা হংবিয়ু,
নিংথৌ ঐদি থংজদে !!—মনাও 'বুংঙো ঙসিদা,
খুংকাপ্ হেন্না কাপ্লবু - পাজিশিংগী মরারা ?
কম্বা নরম লৈবগে ?—হাৎলিংবা য়াওই হাৎকে।
অহুইদমক কাপ্লনি। য়ারববা যুব্রাজ ?—
ইপু নথৌ লৈবরা ?—কাপ্লিসিদনা হুদে !
করি মলোম লৈবগে ? খুৎলাই পায়বিরো !" হায়রে।
চাওবা শিবগে নিংঙ্রে। যুব্রাজসু হন্দরে ।।
থোংলেন লালোই তানবদো -"ঙাইখো, হাই ! চেংলৈ
গ্রাকপা !

ঐ তৌগে—যুবরাজ ! খুৎলাই পাইবো থোরকও —
ইনিংথৌবু ঙসিদি ফোংনা হুয়েন লাম্লোরে।
থিল্লে যুব্রাজ লাকও। ঐ লৈরিভেদা কবি
নতিক লৈহুনা তৌরি ? নয়াম্বুং খুবম মুনগে ;
নমঙ মঙবা শাবরা ? হৌগংলুনা করিনো !
ঙম্মোইদদি করিগী মীবু তেম্না তম্বগে ?
কনানা ভাকই হায়ু।—লৈপাক মীয়াম পুম্ববু !
যুবারাজ মায়কৈদা কনা কনা য়া"গনি ?—

ঐখোই যাওদে।" হায়রকই। মী অমতা য়াওখিদ্রে।
যুব্রাজগী মনাইশিং লোইনা পুমচেন চেনখরে।
নাইজহনবা, খম্বগা অসিতা লৈরে মনাক্তা।
থোংলেন হল্লখিদরে- মনাও 'বুংঙো য়েংহনা -
"হোয়নি মাইমি হায়বীরো। নতৌ যেংগে তৌবনি।
থৌগল্লোন কাইবা তাবে। ঐ লাকএ যুবরাজ!"
চোংসিন্‌খরে। চিংখুবা - করিমতা খুমখিদ্রে।
থোংলেন' মোইবাং নিংথৌদা—"করম তৌজৌ হায়বমো?"
মপুই যাথং লৌরক্লে। নিংথৌনা—"অতোন ন'বু,
নচিন এক্তুম তুববা? মীবু তেম্না তম্বা!
করি মরম লৈদনা?"—চিংখুবনা নিংথৌদা—
"খুম্মিংদহনা তৌব! হুদি যাগনি মিংত্রা?
ইপু ভাইখো।—করিগী তেম্ন তম্মি খম্বদা?
—হাংকে হায়না তঙনি!—করিগীনো? মরম-লৈ,
মুংভাইতমা তৌবনি। হায়মু মরম কদায়নো?"
হংবিখরে নিংথৌনা—যুবরাজ লিরক্লে।
খুমন মাগী কুরিংতো চরৈ মাগী মরমদো,
এপুসমা চোবোন্দা হংগৎলক্লে মনাওনা;
মপু থৌগন তৌরিবা মোইরাং লৈপাক কাওবনি,।
তানখবে রাবমদা চরৈ মাগী হাক্তক্তো॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"কৈনো কীসি থোন-কৈনা?
—থোমকৈ থোনকৈ ইনিংথৌ! লোম্ন হুবা লৈবাংলা?
হেন্দোক্তহুম থোন-কৈনা।" চাওবা থোংলেন লাঙখরে.
লৈপাক মীয়াম য়াখবে। মমৈদা রাহু তানৈ,—
থোংলেন্না—"ঐগী মুপী অতোম্বীনা কৈথেন্দা
থোকখিবদা থেংনবা সুম্না লৈবকপা চরৈ,—
খুমন ইচাগীদমক লুপাহুম পংচং চংপ্রে;

ফুরিৎ ওইনা ইচানা পাম্মি হায়রে। মমানা -
তুবিহনা লিৎহনবা—লাইববগী যোম্বোক্লে,
অদুগবু ইচাদা করি, তম্না-তময়গনি।
থক্লি খাসি নাইদেদি হায়রো ঐনা য়েজনি।
শগোন্না লৌ চারগা ইরোই ফুব শাই-হায়ো।
নংগী ইথুং মমুংদা খৎনজন্নগবুনে!
পিরবা নচা মৎত্রা? ওসি ফাওবা করিগী,
থম্মি থিল্লে থিল্লকউ॥" হায়রে থোংলেন তেং-মথৈ॥
খুম্ফম লৈতে যুবরাজ। মমৈদুদা চিংখুবা—
"ঐদি ইচা পিখিদে।" হায়রে লৈপাক মাংহ্দা।
"নংনা পিয়ু হায়হনা ঐনা পিবা ইচানি।
নংগা ঐগা ওসি দৈ পোকমিন্নদবেদো।"
হায়খ্রে নিংথৌ শাওখরে। ওাংফম লৈত্রে চিংখুবা।
নিংথৌ 'মুকস্থ হাযরকই—"ঐদি চাওবা পোংলেনগী
মৌনি শানোতোন খংউ। লান পাম্বা করিনো?
মংনা পাম্ব-খংহল্লো। কলঙ্কনি হায়রবু
খম্বা উবয়রবদি—নংগুম্বনা কাপ চবা
তেন অদুদি খম্বনা ফা-ফাদুনা থুংদকপা,
লশিং ওইনা থোক্নি। নশা মশা থাদোক্লৌ।
করি লৈবা নহাক্তে। করি নত্তিক লৈহ্না॥"
চিংখুবদি মনাওদো মতু ইপোন পোনখরে।
"ঐনা ওন্নপ্রবনি, বারৌবিন্নু" হায়জরে,
লৈপাক, নিংথৌ অওম্বা তানা খংনা লাওজবে॥
চাওবা থোংলেন খন্নরি। মবকসিদা নিংথৌনা—
"শাওবিগন্নু! হন্দক্কী বাসে ব'রৌবিগন্নু।
হুইম ওাওর হুইবু-থি, শন্ন ওাওর শনবু থি,
লাইবক থিব হায়ববু নিংথৌ ঐনি ইপুখোই॥"

খামজরকই হায়জখি। চাওবা থোংলেন অনিনে,
খম্ব-কৈরোইজায়নেঃ নিংথৌ যুব্রাজ খুরম্মে।
তেন্দোং থিম্বগে তৌই। চংহন্দরে খান্দোরে।
নাইজহনবদা পিপ্রে। ঙসি উকাই কাপ্পগী
চয়ে মাগী ময়োল্সি কেগে বাম্রি ওইখরে॥

---

## হৈজিং

### ১

ইন্দ্রি মুংদা মুংঙাইত্রে চাকখিবনা চিংখুবা
অহিং মুংখিন নাইখিদে থাবুম নিপান খনখরে।
কালেন হায়বা থাত্নুদা নোংম নোংবান কৌখবে।।
তম্পাক মুমদা নোংবান্দো লাক্লে, উরে থোইবীনা।
সেম্মু মপু মনাইনা—"তয়ুম সেম্মু কম্বিবো!
ঙসি নোংবান লাকইবো, য়েংউ সেম্মু, হায়দুন।"
সেম্মু কোয়না য়েংশকই। চিংখুবা নোংবান তানি
কোয়না থিরে সেম্মুনা সগোন শংগী নম-ওন্দা
কম্মি নিপা অনিসি। মরেম্মদা তম্মুবে॥
সেম্মু মশম হাইগংলে, চিংখু তালোই অতোম্বী
মাল্লে, অনি তানরে। তুপৎ তবৎ চৎলুরে।
চিংখুবনা হংগোইদে মাগী পুক্কিং তাজবী
তালোই তোম্বী ওইনদি খল্লি চিংখু নহাদো।।
সেম্মু লৈসিনখিদুনা অনি 'তুনা তাংনবা
তাজক্লরে লোইমখৈ। বা-তানবা লোইখবে।
নোংবান মাম্মু কুমখরে। সেম্মু তম্না লাকতুনা
তমগ্রে বারন অপুম্বা -"মজাইবেম্মা পাবুংনা—
'ঙসি মমিনি অয়ুক্তা পুংজা পুংলুপ নিংখিবা
থেন্দোং মপুং কাবদা,-নোংবান! হৈজিং পুরসি
ঐগী খরাই অসিদা মুংঙাইতরে—ইংদরে।
ঐনা ইংগদবসি ইমোম ইচা অসিদ।
অঙোম নংঙোন্দা পিবা মংগী সেবা তৌব্রগা
মুংঙাইমনি ঐসিনা' ॥ হায়খিবরে ইবেম্মা।
মপু সনা য়াখংদু, নোংবান মাম্মু য়াখরে।।"

বায়ম অসি তাবদা নুম্বা মকোক থক্কুদা
লোইবী চিংনা ননবঙুম বাথৱেদো থোইবীদো।
পৃথি মশক উখিদ্রে। নুম্বা মপু মনাইদো
নাম্বা ইয়োং শংঙ্গুদা চিক্না বাতানরক্লে।
লোমদা নোংবান য়োথরে। মপা মমা অনিদা,
চিংখু মপাও তম্মুরে। অঙোম নিংথৌ হয়াওরে—
"ইচা 'ঝবা পোকপগী ইমায পাকই ঐহাক্তি!
খুংনা থাজ ফংবনি। ঝাগি যাদে হান্দক্তি,
চোঙ্খ যাদে।" হায়দুনা অঙোম নিংথৌ লাওখবে।
থুরাই লৈমা হয়াওবে। তোয়ো জগোই শাথরে॥
অঙোম সাগৈ পাওজেল্লে অঙোম মখৈ তিনথবে
নুপী নিপা চপ মান্নৈ অঙোম মবাং হৌখরে॥
মোইবাং লৈরক খুল্লক্তা অঙোম' পুম্নোম নোমখরে॥
কেগে কৈথেন মাপন্দা অঙোমদনা থনখবে।
নিঙোন মৌস্থ খাকতরে নোংবান মাগী হৈজিংগী॥
বাক্ষম অসি থংবদৈ থাদোই অনা লোইখরে।
অযুক ঙাংনখিবনি, নিংঙোন কাদা চংখবে
অয়ুকতগী অতুম্মা হকচাং ঙমদ্রে হায়দুনা।
চাক ইশিংসু শোকখিদ্রে॥ নিংঙোন কাগী নপাদা
ইমুং লমযাই অতুদা মী অমত্তা চংমদ্রে।
লময়াই মক্তা সেন্নু-না তুবং খাদ্রে মারখন্না॥
তম্পাকয়ুমগী অয়াম্বা মনিং কোইন-চংনবে।
মমাশিংসু চংহন্দে বা-ঙাংবতা য়াখিদ্রে।
থুমিং তারে অয়ুক্তে হুমদাংহসু চাদরে।
ইঙ্গং নোংয়াই থোরক্রে মপু মনাই তুমখিদে।
লোইনা তুমদ্রে অরৈমখৈ। নিঙোন মাগী কাদগী
লমাই লুপা পুহুন: সেন্নু থোইবী থোরকই।

মপায় থোংশংবমগা থেংনরুবে—থাদোইনা,—
"ইপাই মপাই ইপুবু! নিংঙোন পোকপা মশেন্নি।
লাইরবা-লমজা কাদা য়োৎরুগে ঙাহাক্তা;
অরেং সেঞ্জা লৌবিয়ু। হাযদোকপিনু মীঙোন্দা।"
হায়না লুপা তরাদং পিরে সনা খুৎমরা॥
"ইপুনা থোকপা খুমগে লেঙো।" হাযরে নিপাদো।
চেংগৈ পন্দোন্ যৌথরে—খরাই থোংজিন লাপ্লিনখ্রে।
হৌদোকউরে থাদোইনা। ইকিং ফিংনৈ -"কন্নিনো!"
ঙকই লমজা লাইরবী। মিংসন্না থম্বাল মাল্লবী
থম্বাল লকা ওইরবী মায়থোং মপুং ফারবী।
সরং থাজ পূর্ণিমা মানা ইকাইজরবি;
মুবা মায়থোং অতুদা অৱাবনী বাহনা
উম্বগুম্না মকখিবা, 'ৱাবা ইনুং লিক্লানা
লৈরাং মাইথোং পুম্না চোং—সনা হকচাং অতুনা
তনিক তনিক ৱাখিবা! লৈরাং মশক উবদা,
ৱাগ্রে খম্ন্ লাইরবী!! "অহিং চৎলী লাই-কিদা,
মুংথিব চৎলি মী-কিদা—কন্নিনো। উথোক্তবা
উন্নিববো ইবেম্মা! নুরা শকক্ষম অসিবো!!"
খল্লি খম্ন্ ৱাখরে। "ইহু নিংথৌ ইবুংঙো!
ইচেম ৱারে কন্নিনো! উথোক্তবা মাযথোংবু
ঙসি সনা পুক্লিংবু ৱানা উবে ইচেম্নু!"
হায়জে খম্ন্ মৌপ্দা। কপই থোইবী ৱা-ঙাংখ্রি।
উরে খুমন মহাক্নু। খম্ব-মান্নু ৱাখরে!
"কন্নি ওইরিগদনো!" খল্লি খম্বা মবুক্তা॥
স্বর্গ ক্নিম্বরক্তুনা নাম্বগুম্না লুমখ্রে।
"ইকেম্নাম্না হংবিয়ু! সনা পুক্লিং কন্নিনো॥"
হায়রম্মি খম্বা—'হুগা খম্ন্ মচেম ঙাইদানা,

নুরা মপাও হৃংঙল্লে—"নুরা মজা ইবেম্মা !
কনা লাকচররবগে ? পলেম পন্থোগী বারা ?
লমজা পাম্বোম্ব নাম্বমে নৈরাং নম্বুং লাংগিদি,
পিজো হায়ব্রা কক্কুনা ? হায়বিম্বুবা ইবেম্মা !!"
খম্ব মুংঙাইত্তবনা পাখং থোক্ফম নিরুকই ।
খম্ন মাম্ব হংজরে—অহুম অচু বানবা,
উক্করগা সেনুদো মুংঙাইখিদে বাখরে ॥
খম্ব-খম্ন অনিগী নুরা পাঙল ওইরবী,
থবাইগী চেংবোন ওইবী, মোনগী উপু চাজুম্ব,
শকইবীদি থোইবী লমজা অনি য়েংহুনা
হায়জরকই,—"ইনমা ! ঙম্বিরোইদ-লৈরদি,
হায়জররোই নচম্মা ।—করি বানো ইবেম্মা ।
ঐগী পাঙল লৈজবা লাইর-ইপা চাববু ।
নুরা নংগী কাহুদা তৌজগেমে ঐখোইনা ।—
ঙম্বা য়াবা বানিদো-থোইবী কৌবি ঐসিবু !
খুমন নংগী মো'হুবু ওইবিনিংইবরমে ?
হায়বিম্বুবা মচন্দা ?—হী: করিনো ইবেম্মা !
করম হায়না খুমগনি । নখোং খম্বাল থোগন্দি
ফংনিংহুনা খোরাংই । করি বানো ইবেম্মা !!"
ম্বুম্বা খুমজে খম্বুনা । খুমন নোংয়াই মচাদি
লায়রবদি খম্বনা—"কেগে লৈপাক অসিদা
তাংন থোকপি লৈবাংনি । মতম অম্বুক কুইবদি
হায়বিদেদো ম্বুম্বসে, ঙসিতা নৌনা তাজে ।
'লাইরবা ইতিক চাদে' দোমদা হায়বিরিবরা ?
ঐদি খুম্ফম খংজল্লে—" হায়জরকই খুমই ॥
ম্বুরা মচা ইবেম্মা খম্বরোমদা তৌরুদে,
নুরা মসেন ওইজবী খম্বরোমদা ঙজিল্লে:—

মাহুবু ওইরবদি ইনম্মা ! কম্বিগীদি
ঐসিনা লাকচরুনি ! খুমন নম্বুম নাক-সিদা
মুরা শাৎচনিংবনা নচল ঐগী লাইনিংনি ।
অরেম্বদা অসিবু তবগদ্রা হায়বগী,
থম্বুং খিৎনা নচম্ব ইন্দ্রি চারা তানজ,
ইম্বুং মতম অসিদা লাকচম্বিবা অসিনি !!—
করিননো ইবেম্মা ? মুরা কৈদৌরগে ?—
ওসি অঙোম নোংবান্দো লাকই পাবুং' সংগাইদা ;
কম্বিগীনো থিবদা, ননাই সেম্বু তারুরে ।
খুমন নম্বুমদগীদি কাইবা তারে নচন্দি ।
ওসি মরিনি অমুক হৈজিং পুনি হায়খরে ।।
অসিগীনি । ইনম্মা মুংশিংবিয়ু ঐহাকপু
খুমন নংগী মকাদা নোংমাই ময়ুম নাক্তনে
মাইথুংজগে, লাংবিয়ু ।। ইপান নিংথৌ ইম্মানশিং
মহারাণী, কোন্নুংগী ওর্ত্তণ অসিবু হান্না
তৌবিন্দবা তৌবিয়ু । চাকচ-মাংদা অঙোমগী
নিন্দুং হৈজিং খুমনগী কাবিয়ুনে ইনম্মা !
ওম্বিয়ুকো ইনম্মা । ঐবু মুংশিরিদ্রবা ?
ওম্বিরোইদ্রা মসিবো ?" হায়রে মজা ইবেম্মা ।
পায়ম হুইজোল লাংতুনা খুমন মম্বুং লাংগিন্না
হায়রকপসি তাবদা লমজা মচিন মৌপুবা,
থাখি তাংজ লৈদবু বাজখরে অনিদো ।।
খুমন মানা—"ইচেম্মা ! পলেম শকপী ইবেম্মা !
ইম্বুং লাইকিবিরম্মু—পাম্ব তুজুংবিরমু ।
মশেম অসি মংনবা চৎপিরোনে, ইচেম্মা !
ইপা মন্ত্রিগী য়ুমদা । অঙোমদগী হেন্নবা
তানরুরো ইচেনা ইমাখোই ময়াম হুগা ।।—

ইহুনিংথৌ ইবুঙো—ইবেম্মা ! ৱাবিরুম্নু !
ইনম্মা মীবাই ওইনি ম্নুরা নম্নুংলাংগীদি ।
হান্দক থোক্লে" হায়খরে ।—"পলেম পম্মৌ অনিমক !
নচায় পাংগল ওইবিয়ু । কোরৌ খোংনেংনবিয়ু
মালেম খোংদাবিরকউ ।" খুম্মমকই খম্নুনা ।।
মজাইবেম্মা থোইবীনা—ৱাবিগম্নু, ইনমা !
খুমন নচিন নৌপুৱা অনিমক্না থোইবীবু
ম্নুংশিবিরোইগবরা অসিতগী ৱাবনি,
নচন ঐগী ইপুক্তা, অতৈগীদি ৱাবিম্নু ।
নচন ঐনা খংনিংই ইনমাগী পুক্নিংদা ।
নিংঙোন সেঙ্গা ইরান্নাই পুজরকই ৱাবিম্নু,
সেনগী থুমগী দমক্তি । সেন্নু কদায় অচানবী !
ইনম্মদা পিরম্মু অসাইগীদো ইতা-রোই ।।"
তাকপিখবে থাদোইনা । সেন্নু মানা পুবকপা
লুপা খাওজাও অহুবু খম্নুই মমাং অহুদা
হৈদোকচরে সেন্নুনা । খুমন মানা—"ইবেম্মা !
যাম্মল্লিদা সেল-অসে;— কবি ৱানো ইবুংঙো !
কনাগীন্নি ৱিংবগে ইপা ইমাম নত্তেদো,
খুমন নংগী নবম্নি ।।" হাযজরুরে থাদোইনা ।।
ঙাংনদোবা মখৈদি ঙাংনখরে তানরে ।
কাইরৈ এংখোং অহানবা ইম্নুং মমৈ অহুদা
ঙাংগোই মপু মনাইদো হঞ্জখরে—অনিমক ।
নোংয়াই মানা—"ইবেম্ম । পম্মৌ লিংজেন থাবনি ।
থংব্র উগ্র-কাইগনি—হম্না হম্না পাওমেনখি ।
ভমপাকয়ুমগী লমদম-ফাও খুমন মানা থিঞ্জখি ।।
কোক-মোমগা তাইনত্রি চেক্লা চোঙা খোংঙক্লে,
সেন্দাং টিরোন ভনমক্লে । যুবরাজ কৌগথৌলে ।—

যুবরাজ' কৌরকই—"অঙ্গা" হায়না খুম্মকই ।
"ঙরাংদিনে ইচাবু খোম্ফম ফন শোরু-তাই ।
ঙসি খয়া কক্লরে । করম তৌরি ইবেম্মা ?—
ঙরাংদগীদি পাবুং ঙসি খর মুংঙাইরে ॥"
মচাইবেম্মা খুমজরে । হয়াওজরে যুত্রাজ ॥
মমা মাপন কৌথোকই তাকই মমা মখৈ'মু
হয়ওজরে । মমাতোন, ইন্দ্রি মুংদা নোক্লিংই,
হায়রে—"মুম। ইচাগী লায়না খংই ইমানা
ভাংজদেদো অহুনা ঐদি ঙরাং মখৈবু ।
ক্করদনা ॥" মাহুদা মমা তোনবু থোইবীনা—
"পুলেম তোন্দি মুংশিদা ! হান্দক মপোক অসিদ,
ইমা কৌরে নহাকপু । হয়েং মপোক অমদা
শিঙেন লেংমান্নসিকো—মুজা নংগী কাহুদা
লমন শিংগে নচানা ।" খনজে থোইবী পেঙ্গখি ॥
অমম্রোমদা খম্বনা মপা থোংলেম উন্নথে ।
মপায় সংগাই অহুদা—ইপৌ পোমা মন্ত্রিনা—
"ইপায়-বুঙো করিনো ? ইচাই লুহোং কৈহোংবা
বারম হুগী তানগে লাকপবনে ইচাবো ?"
হংবিরম্মি থোংলেমা ॥—"পম্মৌ 'বুঙো মাহুমক,
হেক থোকই, অহুম্নদি ওইবদা বা 'মা লৈরে ।
হংচিং অবুক্তা হৈজিং পুবগনি হায়রে ।
হুদি ! ইপাই ইবুঙো !–ইপা লান তৌরগেকো ।
নোংমাই ভুমিল লৈথোকও!—পম্মৌ 'বুঙো ভাইবিথো ।
বা অমা হায়জররি । কনা' হায়জররিবা ?—
নমৌ ইবেম্মাননি ।—ইমৌ হায়বদি কনা ?—
"মজাইবেম্মানা পম্মৌ ।" পেনথ্রে থোংলেন মবুক্তা ॥
"চিংখুবগী মচানা ? মানি পম্মৌ ইবুংঙো ?—

করি হায়না ইবুংঙো !—'নোংবান মাগী চাকচমাং,
পুখিসন্নু; খুম্মনগী নিন্দুং ওইনা লাকপিয়ু,'
হায়জরম্মি, ঙরাংছু ইমুং নোংঙাল্লমদাইদা,
সেম্মু মপু মনাইনি, লাকচরম্মি, অসিনা
সুম্না তৌজো হায়বদি পম্মৌ য়াথং তৌজগে;
ব্রাকমগীদি অসি লৈ।—ফরে অত্তুদি শাজ্রৌ!
নমান-চাওবা কৌরুরো।" তাকপিখরে মপান্না॥
চাওবা-কৈরোইজাম্বাগা মপা মচা অনিনে,
নোংথোম্বীসু থুংঙবে। থোংলেমবনা "নোংথোম্বী!
নংসু য়াওরকইবোইরে?" থোংলেন ফাক ফাক নোকথোকই,
নোংথোনবীনা—"লাকচরি, তাদই-বুংঙো কুইরেদো!
তাদই সেবা তৌদবা খুদোং হাবগে হায়ত্থনা,
লাকচরবনি ঙসিদি।" ভক্তি কৎনৈ; থোংলেনবী
হরাওজরে ময়ামদো। বা পুম্বা তানজরে॥
কৈরোইজাম্বা মবাইদা হৈ-লৈ লাংউ হায়বিরে।
থোংলেম্না, "ঐনা তৌনি।"—চাওবসু- "ঐনা তৌনি।"
লমজাই কনা অমতা রাংখিদরে সুমিত্তো।
মাগী মাগী অরৈবা মরন পুথোরুখরে॥
"খুয়া সেন্না খম্বগী লুখুম সেন্না মচেগী,
ময়াইসিনা ঐথোইগী খুমন ইচাই রাৎফদে,
অরৈমখে।" হায়ত্থনা থোংলেন্ মানা লাংখ্রে॥
কৈরোইজাম্বা ম্বারোন্দা লুপা কোকথোং অমনি,
পুক্রে ইরেন পিরুরে, খুমন চম্মু খম্ব্দা॥
খুমন মানা লাকপদা চাওব পোংলেন নাক্তগী,
কৈরোইজাম্বা মবাইনা খুমন মাগী মাংগোন্দা,
লৈবিরম্মে ফমত্থনা; পন্থৌ হোজং হুদগী
উরকপদা মবাইবু মাবু পোকপা মপানি

হায়না নিংখি লমজনা। লমজা খম্ব মচেম্ব
মমানিদি লেপখরে ॥ হন্নাওজখি খম্বদো ॥
মচেম মবাই অনিগা বান্থু পুম্বা তানরে।
হন্নাওনরে কোংগাইস্থ। পুঙ্গোই খরৈ মতুংদা
মন্থু নিংথৌগীদমক হৈজিং পোত্তি লৈজবা
খম্ব কথেল চংচখি, মন্নাইশিংগা লোইননা ॥
মোইরাং কথেন মাপন্নি কথেন খুদিং চেম্নরে,
পোৎ 'মতা ফংখিদরে। অঙোমদমা থনখরে।
থংন-থংন খন্নদং লৈজে পোৎতু, ওইদরে ॥
মুপী মখৈ তানরে—"ওইরোইদোরে পোৎ-অসি,
কবুই-থেম্বুং মপুংয়াই লোইবী লমদম য়োহন্সি।"
হায়নতুনা কথেন্দ হাওগী মায়োক ওইনবা,
উহী ফাঙ্গং-লং চিংসবু নাপাক-লং, উহিনে
কুম্নং খরনে হুইনাও মচা মন্নিনে লৈরে ॥
ফৈরোইজাম্বা লৈবন্মি। মুপীশিংত্থ খম্বগা
কথেন্দগী কুমখরে। পোৎতু য়েংনরকপদা,
অহানবদা ঙক্নরে—'হৈজিং পোত্তি লৈদনা,
হুইনাও লৈন-লাকপদি' মমৈতুদা হায়নরে—
"কেগে কৈথেম অসিদা হৈদি অমতা ফংদ্রে;
অঙোম মুপী নিপাম্বা, পোৎ লৈবস্থু য়াদরে।
লোইনা পুম্নে লৈখরে।" হায়নৈ তানরে বা-হু ॥
মুমিং অসি খম্বনা লোইবি হাওদা কাখরে।
মোইরাং খুল্লক চৎতুনা হৈকন লাকন থিনরে
কথেন্দদি ফংদরে। কবোক হৈবোক শিংখরে ॥
খুমন মানা লাকপনা মুমিং মুংবা মতুংদা
থংজিং চিংমায় কাম্বকই—খালৈ লোম্নুনরম্মি।
সেংগম শাব য়াওরকই, নৌনা হনবা য়াওরম্মি।

হাওয়াম সুমম্মিবদো সলাং নিংথৌ মনাইনি।
সলাং নিংথৌ মপান্থু লৈরিবোইদো লোশংদা।
থুমন মাদি খংজদে—শম্মুরেদো লৌরক্তা।
লোইবী হাওদি কন্তকপা খোন্দা থিবা শিংথুনা—
"হাই! কনানো লাকইবা? নথিবোংবু নহাকপু
খোংপাক' নেৎপা হৌনত্রা? করম মীনো।" চৈরক্লে।
'লম্বী খংদ তৌবনি তাকউ' হায়রুই খম্বনা।
হম্না হম্না চৈরকই শিংথি' হায়বা তাখিত্রে।
মমৈথুদা শাওথুনা থুমন মানা—নহোয়বু—
মতোয়নবা নিংবরা? খংউদবে হায়রিনা।
থুদি লম্বী তাকপিগে নংগী নাপাক্তো পিবো?—
মাথু য়ারোই পোং অসে ইপায় তমগ্রবা পোংনি॥"
হায়রে নোংমাই মহাক্না। পোং পিদে হায়না হাওনা
তাকত্রে লম্বীদো। "তাকওই করি তাকচকগনি।"
চৈবিরকই খম্ববু। "নহোয় লম্বী তাকত্রগা
সুম্মা শম্না চৎকনি" হায়না খম্বা অথু-মা
লাক্লে লৌবক শমথুনা। হাওয়াম 'থুনা শাওথুনা
কোয়শিন্নক্লে খম্ববু। পুজবিবা পোং-অথু
লৌরিয়া কাচিন 'মদা থৈজিনখরে নোংয়াইনা
থুমন মাগী ঙবোংদো মথুং ওইদা য়েংখরে।
খম্ব-কোয়না য়েংবদা উয়ুং য়ুম্বী মতুপনি,
তারম্মি মাথু পাইখ্রে,—মাথু উবদা ঙকই
"য়েংসি" হায়নৈ হাওশিংথু—খম্ব মানা—"ঙসিদা
থোইবী লৌরোইদববু লৈরবদি শিরগে,
লোগদবা লৈরদি থাংজিং মংনা ঙাকপিয়।"
থুরমখরে খম্বনা। থুংগা তা গা মক্তনা,
থুমন মায়কৈ পাংথুনা লংসিন্নক্লে হাওশিংনা।

নোংয়াই লোইনা ভাকখরে মশা ইশোক শোকখিদে।
হাওয়াম অহু ভকখরে। খম্বা' হাওয়াম তাম্নরে,
সলাং মাইবনা কন্বা লৌশং অহু য়োকাওবা॥
"ইপায় ভমগ্রবা পোৎনি হায় য়েংনিংহুনা ঐখোই'
তৌরুবনি। নিপাদো অঙকপনি লাইগুম্নি।"
হায়না সলাং নিংথৌদা হাওয়ামহুনা তম্মুরে॥
'ইপা হায়' হায়বহুদা সলাং নিংথৌ শাওখিদে।
'করি বানো ?' খন্দুনা মমিৎ অনি উইশিল্লে।
সলাং নিংথৌ য়েংবদা উরৈ খম্বই মশক তো।
খঙবগুমদি তৌরগা 'সিন্নি' হায়বা অশেংবা,
সলাং লেপ্প ঙমদরে। "ইচাদি লৈখিবগুম
তৌই" হায় সলাং নিংথৌ। খাজৈ ময়াম অহুম্মু॥
নোংয়াই মাদি "হাওশিংদো চেনথ্রে চেঙগ্রসন্নু।"
হায়না হজিনখিহুনা মপোৎ অহু পোখৎথ্রে।
হাওশিং হজিল্লক্লুনা 'চান্নরসি' হায়রবে॥
খুমন মাগী চৈহুদি থাদোক্লি অহু কাওবা।
হাওয়ামহুনা কিহুনা—"চৈ অহু থাদোকউ" হায়
নোংয়াই মাম্নু চিংনরে—"য়োদ্রি মখৈ থাদোকগুই।"
হায়রে। "হুদি বাশকউ।"—"ইপা সলাং নিংথৌনা
সাখী ওইসন্নু !" হায়রে। থাজখরে খম্ববু।
হাওয়াম থারাওরহুনা খম্ব মাবু পুরক্লে॥
কোরৌ নোংনা শোক্লবা লোইবী বাংবা থক-ভুদা,
থারাও খোম্না নিংখিবা খুমন পুক্লিং হুখরে॥
মপাই মনাক য়োজরে।' খম্বা মপোৎ থারমদে।
সলাং মপা উবদা—মিত্তা পিবু তাখরে,
নোংয়াই হিক্লা কপউরে॥ সলাং নিংথৌ মপানা—
"ইপা বংবু কনানো ? অহল ওইরে ইপানি।—

খম্ব-থম্ন, পুরেম্ব, নচন্দ্র ঙাথবৈম্ববু !
পন্থৌ কাওব্বিরবন্না ? ইপাইবুংঙো নচাশ্নি ॥"
খম্ব-নিংশিংজক্করে । সলাং নিংথৌ ঙাওখরে ।
মচন-মম্ভাও কৌহুনা কপখরে । 'পাবি 'বুঙো ।'
হায়হুনা চোংশিনখরে সলাংদো খুমন মাবু
লোক্কৌ থাগোম্দুনা লাইবক খেল্লে চুপখরে,
নোংখোংবগুম কপখবে—সলাং মমঙ ওইখরে !!
কম্ন মখৈ কপ্পগা মুপা মম্ভাও সলাংনা—
"পাবি 'বুঙো ইচাবু ! করি মরম লৈবগী
ইপায় নাক্তা লাকপগে ? পন্থৌ ! নচা কোম্নদি
ইপায় সংগাই য়ৌবগা হংগৎচগে নচানা !!"
হায়নহুনা কাবক্লে মপায থেম্বং যৌনবা ।
নচিন খিবা হাওশিংনা চেংখৎনগে খম্বগা
লমজেন তান্নজগেদি—হায়রে সলাং নিংথৌদা ।
সলাং মানা চৈহৎলি । খম্বা মানা—করিনো,
করি হায়রিবনো । হংজবকই মপাদা ।
হাওগী মরোন্দুনদি খম্বা খংজদবগী ।
"ইরুদবা হাওগীদি অসি ঙাক্লি ইবুংঙো !
তানিংদবা মরানি ॥ ইপাইবুঙো তাকপিযু !"
হায়রবদা—"অসিনি, অসাই মযাম খৎনবা,
মঙমহুদা ক্ষনদি কম্ন উনৈ ময়াম্না ।
ইপায় য়ুমদি য়োবকাও চেনখৎনগে লমজেনবু
তান্নিংই । হায়বিয়ু ।' হায়রি নংবু মখোইনা ॥"
তাকপিখবে মপানা । খম্ব-মানা—"পন্থৌবু !
ইপায় য়ুাথং নৈরদি তান্নজগে কৈদৌগে ॥"
হাযজরক্লে খম্বনা । খুমন মাগী পান্নদো
গেংজিংউরে সলাংম্ব । "হুদি তৌরো ইবুংঙো ।

ইচাইপোত্তি কমদৌনি?—ঐনা সুম্মা পুজনি,
পাঙ্গল শোনবা ইপাসু থোংম লেংবা রাগনি।
ইপাবুসু পোজগে॥" হায়রে। খম্বা মপানে
মাগী মপোৎ অহুনে খুমন নমদা পোথরে ॥
হাওরাম লোইনা য়াওনি হায়। সনাং মানা—"হাওয়ামশা!
নহোয় থোইবা থোক্লগা ইচায়দমক ঐহাক্না,
ওকচাও মঙা, খরুংসু মঙা কোংগে; নহোয়দি?—
ননাই ঐখোই পোরগা পিয়ু হায়মখৈ পিনি।
য়ারে, হাওদি কুম্থানি। খম্ব মানা খরসু
হাওশিং অহু থাবিরে। সনাং নিংথৌ লমথারে॥
হাওমখৈসুম লৈহৌরে। নোংযাই নাংদা থারক্লে,
কবুই থেম্বুং য়োরক্লে। থুংঙে মপা নচাদো॥
সনাং মপা থাখরে।—সনাংনা মাগী মুপী,
কল্লাক্-কুক সুংলবী খুবোম সিঙ গাই হৌরবী,
সুন্-থাংগুম মল্লবী শেংন ফীগুম ফিরাই চায়,
চিন্ন-লৈগুম লৈরাক-কায়, লংমাই খরি মঙ্-জুম্বী,
থোম্লেন মঙ্-জঙ্ চংথোম্বী সনাং মাইরী কৌথোক্লে॥
"নবুং পুরেম্বা লাকই।" সনাং মাইবা লাওকরে।
মতম অসি মক্তদা হাওয়াম অহু থুংঙরে॥
সনাংবীনা - "ইবুংঙো! ইবুং লাকই হায়রবদি—?
করি রানো ইবেম্মা! শিথরবা মীনবু,
হৌনদেদো লাক্লবা॥—হুদি করি মীনম্মি।
নতম অসুক কুইববু মীনম্বদি হায়দবা,
মাংগী লমদাং তেল্লক্লে। চিংউ লাইবু-ওক্লবা!
অঙাং ওইরক্লহনা মীনবরা ঐতোন্দা!"
হায়রে সনাং মাইবীদো কপম্ব মপী তাক্লরে॥
সনাং-মানা—"করিনো! নিংহৈদব-ভাক্তদি

নিংউবয়া ইবেম্মা ! নত্তা ইবেম্মা অদো,
ভাথইরেমা কৌবিগী খুরুক সনা তাংবু-ঈ,
পাঙ্গল 'মতৌ মান্নবা নচা লাকই হাঁয়বনি ।"
হায়না খাম্মি সলাংনা মিৎত-পিবু তমখে ॥
সলাং মাইবী—"মচানি"—হায়বা বাসি তাবদা,
ওন্সিল্লক্লে খম্বদা । খুমন মাবু উবদা
পায়ম মুংবু নৌহৌরে ।—"ইমাইবুংঙো ! ইমাদি,
খালে 'খুম্বা নম্ ইদো অহল ওইরে অমসু ।
ইমা মংবু শোক্লগা হঙ্গোইগদ্রা নহাকপো ?"
হায়জরম্মি সলাংবী । মচিন্দনা হায়বনি ।
সলাং মাইবী পন্দানা চেন্সিল্লক্লে খম্বদা ॥
মুক্তা অমৃত হৌরে—খম্বা মানা পোকপদা,
সলাং মাইবী মানমু অমৃত ইনর্বা খম্বা !
মমা হায়বা প্রেমচুনা কনখ্রমাক্লে মতমদো ॥
"নোংয়াই ! অমৃত হৌরে ইমাবু, পম্মৌ মানবা !
হংগোইনিদো মহাক্তি !—ইমাইহেম্মা ! নচাদি,
ইমা লৈরি হায়বদি খংউদরে পলেম ও !
হায়বিগনু ! কদায়নো ? ঐগী অমৃত অদো !—
খুমন ইবুংঙো অসে ! ওইখংবা অসিমদি
নোংয়াই চমু নচেমগী ।" হায়না খোম্লাং ইনখরে ।
কোনবিখরে, মমানা । অমৃত থম্বা খকপ্রে ॥
মও ওইখ্রবা মতাগী মবুং তুগী খল্লুবা,
খুমন মশক উবদা কপ্পরুরে । মতুংদা
নোংয়াই মরা হংনরে । সিনি সিনি হায়নরে ॥

২

খুমন মাগী মবাসি মিকুপ অচুই মতুংদা
থংনা তারে সলাং-খুন । লৈমাং লৈনম অকবা

শিঙেন মতৌগুমহুনা মালংবনা সিনবগুম।
ঋুমথোং লিশিং অমনি। হায়ৈহুদা নত্তেদো—
ত্তিল্লে হাওগী মখৈদো সলাং থেম্বুং য়াইহুদা।
খুমন মৱা ভাবগা নোংয়াই মতৌ অহুগা—
ওকই চপ্ হেক মায়েদো অহুক য়াম্বা হাওয়ামদো॥
কন্-থোরবা ভাক্তম্‌হু হাওগী লক্তা কয়ানি।
মীকোক তরা মঙাদি অয়োকপনি খুনহুগী।
মখোইহুম্হু য়াওরকই। লাংই মহোয় মবুক্তো।
অকনবগী পুকচেন্না অকনবদি উরগা
অকনবগী পাঙ্গম্‌হু অকনবনা য়েংলিংই॥
য়েংনিংখরে পাংগন্দো খুমন মচা খম্বগী।
মুক্না শিঙেঙ মবুক্তা মচিন থোকই। তাখরে
হায়রে সলাং নিংথৌদা। "কন্নিগীসো নহোয়বু
উসিংতরা ঐহাকপু? -নত্তে ননাই ঐখোইনা,
শান্নজনিংবদগী হায়জক্লবা হুতনি॥—
হুদি করে নহোন্ননা ঐগুম্বগী ইচাবু
মুক্না শিঙেঙ হৌজিক্তি, কন্নিগুম্বা ইচান্না
থায়ো হুদি কম্‌দৌনি?—নজ্ঞাইবুংঙো থারগা,
থাং তরা মঙানে, তা-তরামঙানে শেম্বুং
তরামঙানে চিংখোং লাহ্লোফী তরা মঙা;
পিনি ননাই ঐখোইনা। মচাই পোংম্হু থিনগনি,
তম্পাক হেক ভাবা ফাওবা। ঐখোইগীনা কম্‌দৌবা?—
নহোয় থাব-থোক্লগা, ওকচাও তরা মঙানে,
খক্লং তরামঙানে, ঐগী পাম্‌লৌ সিদগী,
নং-নংনা পাম্ব-হুমক লৌজৌ খজৌ অপাম্বা।'
হায়রি। খম্বনা হংই। মপানা অসি হায়রি
চায়না তম্মে মচাদা। খম্ব মানা—"কন্নিগী

পিগদগে ইপানা কোংজগনি ঐহাক্না।—
ইপাই ইমন অপুম্বা খুমন নংগী ভাক্তনি
ইচাঁ পিক্লিঁ হায়বগী খম্বিবনি, হৌজিকতি
ভসি নংনা লাকউদা ইপাই লম্ফুম পুম্মক
সিম্মরনি নংভোন্দা ইচাই ভাক্লি করিনো !!"
হায়নজরে অনিদো। সলাং মাইবী মমানা—
"ইমা য়েংগে ইবুংঙো ! ইমায় অমৃত' তুনা
নংনা থাজো হাওশিংবু নোংয়াই পাঙ্গল ওইজোকো।।"
বোর পিরে মচাবু মচাই পাঙ্গল য়েংনিংঙে॥
খম্ব-মক্কী শেম্মকপা খুমন কৈরেবা উবদা
ভকপ্রে মমপ্রে হাওশিংদো। হাও তরামঙা অহু
কিতক্ তৌই মবুক্তা। মহোয় তুগী মরক্তা
য়াওরি মকোক ওইব'মা। খুদোং চেপচিং লৌ পুম্বা,
হৈ লোইনা সুব মখৈ।। মমাংদা হাও অসি
লাইরবগী মোইরাংদা চিংদৈ কুমথরক্লুনা
লৈত লাইর খিবদা মোইরাং সংগ তৌখিদো॥
মোইরাং লৈপাক অসিগী মুক্লা কাওজোং স্থন হৈ।।
মীয়াম থেংনথরবা খম্ব শোম্বরকপদা
থেংনরগে খন্দুনা—সিঙ্গিল্লকই মুক্লা সি।
হাওশিং মক্কী শেমথরে। অমা কোম্নরকপদা,
থা-ফাহুনা কী অহু চিংসিম্নরকপহুদা,
হাওহু খাংবা য়াদরে—তেৱা ওইনা য়াংখরে।
হাও ভরামরি অহু মমায় লোইন হুদোক্লে।
ভাহাক ভহাক হোগংতে।।' অকনবদো থোরক্লে।।
খুমন মাগী মমাংদা খুরু খুদক কুন্দুনা—
"ইবুংঙো ! নংবু ঐনা খোয়ুম মানি হায়ন-উই,
ঐদি হাত্তনিদো, নংগী সোরনা অমা,

হকচাংহুনা থেংবদা মপোক থিরবা হাওগী
পাপ অপুম্বা কোকচগে খঙ্গহুনা ননাইনা
মুক্না শিংবনি নংবু ॥” পাপ কোকচগে হায়হুনা
সজ্রাং শান খুরম্মে। হাওগী মতৌ উবদা,
পোকপদগী অকিবা পোকথিব্রবা খম্বদো,
পুক্লিং চিংনৈ কিরুরে। হাও অতুপা খম্বগা
খুরম্নহুনা চংনৈ। য়েংবদা নিংথিজক্রে ॥
চংনরকপা অনিদো সোর খোংফম্ য়েংবদা
করি ’মতা খেনদে। মুক্না কোম্নরকপদা
“ননাই অসে ইবুংঙো! অকনবনি চেম্রিল্ল!”
ভাকপিরকই খম্ববু মপা মমা অনিনা ॥
হাও অহুনা “ইবুংঙো! ননাই পাপ্তি কোক্লবা,
অহুমলক্তং হান্ননা কাওবিরোদো ঐহাকপু ॥”
হায়রবদা খম্বনা, কাওরে অহুম্নক হাওবু ॥
“ঝারৌবিম্নু মুক্নানি।” হায়জরকই হাওহুনা,
“দোষ নৈতে কাওবিরো!” হায়রবদা হাওহুম্নু,
কাওরে খম্ব মঙোন্দা ॥ অনি সিদা শান্নবা
ঝাংলেন পুংগোই ফারক্লে। থিন্নবকপা হুমবা
সলাং থেম্বুং নিক্লকই। সলাং মাইবা হৌগৎলে।
নৈয়ি কৈজে চিংউরে। “লয়ি সিদা থাদ্র’দি
মুক্না লৌরোই।” হায়ক্লরে। লয়ি অতু ইবগা
হাওনা খুদোং পুক্নগদি চিংলকপদা খম্বদো,
খাংই থিংই খুদোংহু। সলাং মাইবী মমানা—
“কাওনা পারি ইবুংঙো!” হায়রকপদা খম্বদো
হাওগী খুদোং ফারক্লে। হৈখরেদা হাও অদো,
পাক হেক নপ্প-য়াদরে—খুমম তাওরপ চৎলকই।
খম্ব-খদাং অহুনা হাওগী লেংদা ফারকই।

হাওনা লুপ্লপ থোকপদা নোংয়াই থোংবী নপথরে।
থুবীন। নমই হাওবু অরুম্বড় পিরকই।
হাওদো লেংড় থজিক্তুং কোম্মকপদা খম্বনা,
খজিক থজিক নাম্বরে। খুমন মাগী খুদোল্লা
লৈপাক খিক্তুং ফংবদা খুদোং মচেৎনা খম্বা,
কান্দ্রা উপাক খায়বগুম চিংঙ্খাই তংখাই. অমবু
কাইগদৌগুম থাথরে—হাও অড়বু সুম্মিত্তো॥
নোংয়াই মানা—"য়াম্ববু! শোক্লবরা!" হায়ড়না
কোঞ্চংচরুই নিংথিনা। হাও অড়না—"ইবুংঙো!
শিয়ম্লদি ফদোবু ধর্ম্ম ফংজগদৌনি।
ঐনা পাম্ব-থোক্তরে॥—হায়রিদো ইগ্লাম্ব॥"
সুম্না খুম্নৈ অনিদো, সুম্না লোইরে—মুক্লাড়॥
মচাই পাঙ্গল উবদা পেল্লি মপা মমানা।
অড়ম্বকপু সলাংনা—"মপা ইতাও পুরেম্বা!
পাঙ্গল ফংলিগদরা!" সুম্ব-খল্লে মবুক্তা॥
খুমন মাবু পুথরে—অড়ইদো মপাম্বা,
কবুই থেম্পুং য়াইড়দা হুক্লম্বদি মুংফমদা।
মুং অড়মু লৈরম্মি নুংফম তুম্মু কাইহন্দে,
তলা পাম্বী অমব থারি সুম্মা থনম্মি।
"খুমন নংবু তাবরা! নপা ইতাও অড়না,
হুক্লম্বনি অসিনি নুংনা, 'লিদা তাক্কম্মি
সিনি হুম্ফম খোংফম্মি—ইপা মেংগে হুক্লোদো॥"
তাকপিখরে সলাংনা॥ মপাই খুবম উবদা—
নোংয়াই মপী তারকই—"ইপাইবুংঙো! নচাদি
পম্মৌ শক্তি উহৌদে। পম্মৌ নংগী খুবমদি
মাংদ-পুংবু ওইড়না মাংকদবা ওইবমী,
লৈহৌবোইকো অসুম্মা। সুম্মা হৌমখবোইদকো!!"

হায়না নোংয়াই কপথবে মপায় খোংকম অহুমু
মকোক শোরু সজ্‌্রাংনা খুমমজরে মপাবু।
সলাং মিংথৌ পুক্লিং হুই। মপায়-য়াথং কংহুনা—
খুমন লাইবক কংতুনা লৌথংলকপা মুং অহু,
মপায় খুংথোং কমহুনা নোংয়াই মখুং থারকই।
পিন কংব লৈখিদে খম্ব-থবাক চোংখবে॥
মুংহুদি খুংতা পায়বা খুমন হুনগে তৌরকপা
খুমন মানা মুং অহু থারকপদি উরকপা—
সলাং মাইবা মাইবীদো লৈব-লাকপা ঙমখিদে।
"নোংগাগ্রবা নিপাদো পুরেম্বদি মরুপ্প
লাকএ" হায়না খনখরে মতাও মবুং কৌহুম্বা
নোংখোংবগুম কপখরে। মুংহুনা হুল্লকপদা,
মপাই-বুংঙো পুরেম্বা লাইবু থোইবৈ মুংকম-দৈ
থগাই তম্বা কাথংলে। সলাং হয়াওজগ্রেদা।
সলাং মাইবী মমানা খুমন মাবু কৌরক্লে,—
"ইমাইবুংঙো! তাবরা, ইমাই তুংবু ইল্লকউ।
পলেম নম্বা ইবেম্মা, ইতায় খুবম য়েংউসি।
খুরমজরো ইবুংঙো!" পুখিরক্লে খম্ববু।
ইশিং খোংবু য়োরক্লে, সলাং মাইবী তাক্লক্লে—
নচেম নমা শকপীবু হোরেম মুমদাং অসিদি,
পোক্লগমি হায়বগী মুমিং অহু নমানা,
ইশিং শোকপা চংপদা পুল্লাং কোক্তা থোংলগা
খুংনা সোম্বা হোগংপা, য়েংউ খুংফম অসিবু!
নম্বাই খুংফম অসিনি।" হায়রকপদা খম্বদো।
কপ্পদগী বাম্হক্রে। মপা সলাং মাইবনা
মন্ত্র থিংগায়হুনা হিংগংচরে মচাদো॥
নোংয়াই মানা পোকপদৈ লেংখিগ্রবা চিংগুম্বা,

সনজিংবু গংগানা নম্‌খাইদুনা পুবগুম,
ওস্থোকপনি সুংশিবা ! মমাশিংগী লমনদো !
মমাই প্রেম্না খম্বদো কবুই থেম্বুং ইশিংখোং
লাইজ মাগী মপান্দা বাম্বুরুবোই সুমিস্তো !!
সলাং মাইবা মাইবীনা বারি কয়া তৌবিরে।
মমা মপা অশিনা সলাং খুনগী নোংচুপকী
চিংদোন দোমদা পুরক্লে। "হাওগী জাৎতু অত্তেগা
ঐগা লান্থেংনবদা নপা ইতাও 'বুংভোমা
লাম্বাংবশি অসিদা। সিনা নপাই খোংফম্নি।
ঐবা সিদা লেপইদো।" অসি পুম্বা তাকপিরে ॥
মপাই খোংফম লৈরম্মি। চিংদোন্দগী খম্বনা
লমতরেৎ কুমথরগা বাশকউবে খম্বনা—
"মজাইবেম্মা থোইবীবু লোগদবা লৈরবা
পেৎলো থৌম্দি নহাকপু, থৎত্রবদি পেৎলমু।"
হায়রকপদা মুং অদো খোংফম অদু পেৎখরে ॥
মপা সলাং মাইবমা য়েংউববু ওন্দুনা,
মপা মচাই খোংফমদো, খুদোন অনি হেল্লম্মে
খুমন মাগী খোংফম্না—সলাং মাইবা তকখরে ॥
পুরেম্বনা চাওবদি ময়ুং খুতুপ তরুক্নি,
মরাক খুতুপ মপানি। খুমন মানা চাওবনা
ময়ুং খুতুপ তরেৎনি মরাক খুতুপ তরুক্নি।
লমজা খম্বা হায়বসি থোয়ুম মাগী ছাইওম্নি।
কেগে হায়বা লৈপাক্তা লীলা ওইহনলগেদি,
ঙাংনরকপা মপোক্কী বাশকুনা পোক্লবা।
সলাং মাইবী মঙ-দম্মে-পুরেন-ঙাম্ম্রৈমনা
মঙলাঞান্দা লাক্কুবা মচাই হৈকম তাক্লম্মে।
চৎখিদনা হৈ অদু—হৈরিহৈজাও হৈরৌম্ন

হৈবী ফাওবা হৌরম্মি য়াৎপ হায়বা লৈখিদ্রে।
সুনা লোইনা হেক্লক্লে।' থানবা পোৎসু ফংলে।
খুমন মাগীদমক্তা হাও তরা মঙা হুনা
থান-পোৎতু পিবদা শিংনবগুম পিখিদে
পিখি পুক্নিং পেন্নদি পিনিংবগা লোইননা।
সলাং মপুং য়াইহুদা ইন্নুং অহু লেক্লগা—
"ইপা খোইদি ঙমদরে তম্মু নপা খোংলেন্দা;
মচেম খম্ব ইচাবু-হংই হায়না তম্মুকো"
পুকমেন পাওমেন্নথরে ইন্নুং ঙাক্কাৎত্রিদা
কুমথরক্লে, হাওশিংনা চিংখোং ফাওবা থিন্থরে॥
ইন্নুং শোইবা অমম্বা মাইখুম্ ফীনা খুম্মুবা
খৌবাংলবা ইমাগী নিংথিরবা মিৎযেংদো
উজনিংবা মচাবু য়েংথোরক্লে উরক্লে,
মাইথোং তশেং ভশেংনা॥ লোইবী পাওহন চেক-তুনা
চেক্লা মপাও চেল্লক্লে। কোরৌ মঙান অঙাংবা
অতুমনা লাকত্রিদ্রৈ, ঙৌরুনবা মচুনা
মায়কৈ লৈতেংলকপদা খম্বা চিংখোং'হুদগী
পোৎয়াম অহু পুতুম্না মদোম লাক্লে মতমদো॥
নূরা মজাইবেম্মা, নোংযাই চম্নু মচেমগা,
অনিহুন্থ ঙস্তানা মোইরাং লৈপাক হৌদ্রিদ্রৈ,
ইন্নুং ঙাদ্রিদ্রৈদগী খুমন ওকে চৎলকই॥
মোইরাং খুন্দোম লান্দুনা ইন্নুং লম্মৈ থাম্বীনা
ময়। মৈবুন চিক্কুনা অহিং মপাম কুম্বগুম,
কেগে লবুক শমহুনা চিংখোং য়োরক্কদৌরে।
চিংখোং লাংনা শিংহুনা খুমন মগবু খনবনা,
নোংয়াই মশক উদরি। চিংখোং তাম চংলিহু,
সুপী চাদি ওইবগী খম্নরকই অনিমক,

চিংগী তম্‌গী লোন্নবা লমদম মশাং অহুদা
উন্নব্রিভৈ শক্‌-অসি ইচিক হনবা মতমদা।
"নুরা মস্থং লাংগিনি ঐনা চৎলিবসিবু।"
খনখরেদো নোংয়াইনা—নুরা মাবু থারকই;—
"শানৌ ইনেম মচাদি নস্থং লাংগি হায়ন্থনা,
তাওজিং খিব-চৎপবু, খোয়্যম করি তস্মিবা!
কোয়ৌ বাংনা শাৎখিবা লৈরাং ওইবী মহাক্নি;
চিংউ মান। ইবদা লৈপুল ওইয়ু ইরিল্লা!
মুংশি খয়োম লাকপদা চিংউ তুংওইনবিয়ু!
খল্লুবগা মকৈদো খল্লুবগা বাগ্রেদা;
নোংদম ওইবী মীচাপোক।" শৈশক পান্ন-থারকইা।
লমদমথুনা চিকপনে, মতম্নগা ইংবনে,
মুরা মস্থং লাংগীগা চৎখিবগা ওইবনে,
নুরা ওইবী মহাকী লমজা থবাই শকপনে,
হায়দোরকপা শৈ-হাযনা কাচিন যৌবা অমনে
খোস্থোক্লগা মুংশিরে—মুংশিবনা শকপনে।
ঙরাং হাওদা কাখিবা করমদৌরিগদনো,
ইমুং অমা ফখারে—অহু'মগা খনবনে,
মুরা হৈজিং অহুদা লাইয়বনি অত্তাক্না
তাওজিং ফংঙরোইদরা অহুগীগা লাঙবনে,
খৌবাংলবা থাদোইগী থমোই চেক্লা ওইখনে,
নুরা মাকোং অহুদা নোংযাই মখোন তারকপা,
ইংখরেদা থমোইদো তাওরে মুংশি ইপাক্লা,
মাইকৈ সলাই খংজদে। মৌপা মখোন তাবদা
থয় মানা হরাওবা তরং মালং ওইখরে॥
"ইহু নিংখৌ লাকএদো!—মানি ইনম্মা লাকএ।"
হায়নজরে অনিদো মুংঙাইরেদা হায়নরে॥

মজাই-বেম্মা থোইবীনা—"লংনসিদো ইনমা ।
করি হায়রনা ইবেম্মা ?—মমা মপাগী য়াথং
ইল্লখিগে শোংবতং—নিনি মুরোই হলক্কে
খুমনগী মৌ ওইজগে, কজররোইদমাল্লে,
হায়রম্মি হায়বিরুনে !—কদায়দগী ইবেম্মা !
পোকপদগী মীনম্বা হায়জখিদ্রি ইপ্রাদা,
হায়বিগনু ওমজরোই"—হায়রে খম্বু য়াদরে ।
য়ারোইদোবা মতৌসি উরে থাদোই মহাক্না ।
"কৈদোই হায়বগেনে, শোপ্রাই মবুক অমতা
খংজনিংবে তৌবনি; থংদেদকো ইনম্মা,
মীওইবগী মবুক্সে তাঙ্গা মতা অমদৈ,
অহুক মমুং-শিবরা, থাংগৈ মক হেক শেংবদি
সুংশিবিরিগদরা খংজদ্রিদো ঐহাক্তি,
পুন্সি চুপ্প অমগী সেবা তৌজগদবা,
হৌনৈদো, য়েংজনিংই ।" হন্না হন্না হায়বদা
খম্বু সুকয়া য়াখিদ্রে । থোইবী হাইফেৎ শাওশিন্নে—
"হায়দ্রবদি ইনম্মা ! ঐবু হাৎপা পাপ পুকো ।"
হায়রম্মগা ইবেম্মা, চেন্সিন্দুনা লোংখরে ।
রাফম অসি তাবদা লোইবা চিংনা ননবগুম
রাপ্রে খম্বু লাইরবী । হায়দসিন্দু কদায়নো ॥
থদোই মাগী গুন-হুনা হায়দো হায়দোরকপদো
ওইগদবোই কিখবে । ওইদবসু ঙাংনিংদে,
শোংয়াই মতৌ অহুগা—খম্বু মাগী মবাদি
লায়না হায়বা য়াথংনি খজন্নিবা খন্থনি ।
সুং অনিগী মরক্তা হা-বু ওইপ্রে লায়রবী !!
থোইবী লোৎলুবহুদা থোইনা ইরেন চিকপিরে ।
"হো-ইনম্মা !" হায়রদুনা চেপ্তোরক্লে খিন্দলা ।

"খোইনা চিক্লে" হায়রবে। "ঐনা তৌগে হায়রম্লো।
অহন্না ৱারক'-য়াদবা খোইনা ৱারকপিরেদো।"
চৈবিথরে থোইবীদো। থাদোই মানা—"ইনম্মা!
ঙসি ঐবু চিকইবা খোইসে মশিং থোনগেকো!
ৱারকপনী ঐহাকপু 'ৱারক' খোইদি কৌসন্নু॥"
খোইত্থু চৈথোকউরগা মজাইবেম্মা লোৎখরে॥
খম্বা মনাক য়ৌরক্লে। খম্বু তিঙক মাইঙরে।
খুমন মানা—"ইচেম্মান্! কম্রিস্নুক থাপ্ল লাকই!—
খুমন ইবুংঙো ইচেম্ পাও অমতং তম্লিংই!—
করিনিনা ইচেম্মান্!—মজাইবেম্মা থোইবীদো।
কোয়ৌশিংবুম অমতং মপাই মমাই য়াথংদো
ইল্লুখিগে, অত্থগা তম্না হঞ্জবক্কুনা
খুমন মৌবু ঙাইরগে, হায়রমইদো ইবুংঙো!"
লোইবী চাওরব 'ত্থবু ফুকপগুম্না হায়রুরে॥
মচেম ৱাসি তাবদা খম্বা লেপই খল্লকই—
"করি ৱানো অসিদে, অত্থক মুম্না ঙবাংদা
ঙাংনখিবা ৱানিকো; লৈমসিজ হায়নবা
মহোয় মরমচৎ অত্থ তৌরবোইবে চুম্মেদো!
ইকাইদকো, কৈদৌনি করে অত্থ মঙাইরে।"
খম্বা মবুক ৱায়ৌরে। "অত্থম-ঙাইবে ইচেম্মান্!
করেদনা কৈদৌগে! মপাত্থগী মচানি,
মপা কত্তে করম্মোই। মমা ইবেম্মাত্থদি
য়াম্না কন উই-ত্থবু।—হৈসি মাগী তমখরে।
পুনিংদবে চৎলসি।" হায়রুবগা খম্বনা
হৈ অত্থ চাইথোকখরে। "লাকও ইচেম্মান্!" হায়ত্থনা
পাবোৎ চৈত্থ পুত্থনা চৎখ্রে মোংয়াই শাওত্থনা।
থোইবী লোইনা ইতা তায়। মবুক অত্থ পেজক্লে।

মপা ফত্তে হায়খিবা মুমা মাবু চৈখিবা,
পাপ কোক্লনি অসি ফাও খঙ্খরে থাদোইদো।
খম্ব্ বাবা থৈখরে—"মুং অতেকপা শমফদা
থুমন মাগী লিংজেল্লি।" খম্বু মুম্মা খল্লকই।
থাদোই চেম্থোবক্লে। "কন্নমদৌনি ইবেম্মা"
হায়রে খম্ব্ মহাক্না। মজাইবেম্মা থোইবীনা—
"বা অমত্তং হাযত্রুনা ইনম্ম-না খাস্থিম্।
মুদা যাদ'-খোক্লগা ঐনা শোইদ-থামজগে।
য়াগদবা বাহৈনা বাখন তৌরগা।" হায়রে।
"থাজদেবো ইবেম্মা! য়ে'ং অতেকপা সৌবগা
শম্মে যাই মান্থু শংই। মুং অতেকপা শম্বদি
ইনম্মা-দি হৈত্তবোই কম্দৌসি থাক্তদরে।—
থাম্দ-থাম্মুবা য়ানি অয়ুক্তদি সেংবিখ্‌বা।"
হায়নজবে জানিদো খম্ব্ মানা থাম্মকই -
"খুমন ইবুংঙো-ঙাইখো! তাওভিং মানা-পানবদি
মক লুকই—ইবুংঙো! অথা কাইবনা কয়েল,
অয়েং কাইবনা মাংসোক, ফম্মি হাযবা বা লৈরি
হৈ অসি খুনখিসিদো—হৈসিদম্থ মহেদো
পোংকি পাপপু পুগনি পোংনা শাম্ম্ তৌবনি।
পোংকি দোষ পুরনি মপোক সিম্থ কংতরে
মপোক মপোক খুদিংগী পোংকী মপু ওইববু
ফংঙরোইদো ইবুংঙো! নোংয়াই মংবু হল্লকখো,
ইচেম হৈ খুনবা হৌরে।। হায়না খম্ববু থামই।
"ইচেম্মনবু লাকপিবো! - মাগী তমথ্রবা পোংনি
খুম্নিংদরে ঐহাক্তি!" হায়ম্মা খম্বা হম-কাও
য়েংখিদরে চংখরে। খম্ব্না—"য়াদরেদো
ইবেম্মা! ঐনা হায়ত্রা? ফাগিরা হায়বু ঙসি,

য়ারোইদনি য়েংউদো।—করে ঐ খাদগে 'নমা—'
হায়না খাদোই তাম্রে। পাদোংচৈহু লেংদখোং,
নোংয়াই মানা শাওহনা খোংহু কলপ থাংখিবা,
লৈরাং ওইবী নোংজবি মহৌশাদৈ ফিংজদা
মশাবীবু তানবগি থাদোই চেপ্তরকপদি
খুমন চুপ্পা চংপগা থাদোই মানা চেনবগা
মাম্নখরে খোংখাংহু ফংদ্রে থাদোই তানবদি।
থোইবী মান-লাওরক্লে—"লোয়ুম ইনেম মচাদি
নোংজানবা! থংলেন ইনেম মচাদি নুংওনবুবু!
নুপী ঐগী ইতৌবু মাঙ্গ মংনা তৌখরা!
পুক্লিং য়েংগে হায়হনা ইনম্মদা ঐহাক্না,
ইন্সিন্দুনা হায়হনবা থংলেন বানি ইবুংঙো!
অহিং কৌব-ইমুং'মা লিক্লা চানা লাক্তুনা,
চিংগোই পাওমেনজহনা চংপিবনি খংজৈদো।
কেগে লৈপাক অসিদা থোইবী অনি মুবরা।
বাংগোন-শংগী লৈবাংদি চেংগৈ পাংতা শাংচরি।
মাঙ্গ শাওবিরগনু-ঙাইবিখোনে ইবুংঙো!"
হায়রে। থোইবী লাওবদা হম্না য়েংদে খম্বদো।
কদোমদগী বাখম্নো—"অমুক বান-লাক্লগা,
ফাগি তৌরম্মিবোইরে।" খনখি অহুম চংখরে।
চামনবু শাওখিব্রা! য়ারোইদোবা উবদা
থাংগৈ শেংনা বাখরে নুরা মমেন মচাদি।
নুংশিববু কিবদো লংনকুবৈ দোমনে,
অসিসিমা পুন্দুনা মুজ মপোং ফাখরে॥
নুরা চেপ্সিনখিহনা খুনন মাগী তুংদগী
পাবোংচৈগী মতোন্দো থোইবী খুংনা য়াল্লরে।
মাঙ্গ ঙাইখো হায়রুরে। "মীনা বানা লাকপদা"

ছায়না খম্বা চৈ অদো। ছাইদোপদা থোইবীদো
ভুরে। খম্বা য়েংঙমদে। য়াম্নোইদোরে হায়দুনা,
থোইবী অহুম হোৌগৎল্লে, খম্ব চংসিল্লকপদি
লমহু খর কান্নখি। থাদোই মখুৎ হৎতুনা
কৌশিল্লকই—"ইনম্মা! ইশিং খর হাপসিন্নৌ।"
হায়রে খম্ব মহাক্না লাইজ খর লৌহুনা
থাদোই লবাই কোইরেন্দা-হাপ্লে—"ইনমা খুৎতো,
খোইদৌ পাম্মু।" হায়দুনা-খম্ব মখুৎ অহুনা
থোইবী খোইদৌ পায়দুনা খম্ব মাবু কৌরক্লে।
"ইদু নিংথৌ ইবুংঙো! লাকখো মাংঙে, ইচেমদি!
মজাইবেম্মা ভুপরে। সিম্মা হোয়েন কৎতম্নুং
থোক্লবদি মাঙেংদো হল্লকখোনে ইবুংঙো!"
'করি বানো' হায়দুনা খম্ব হল্লা য়ৈংবদা
উরে তৌরম্মিবদো। মুংশাথিরে খম্বদো!
থোইবীনা "লাক্লুবরা ইনম্ম? —লেপএ, লাকএ,
ইবেম্মা!" তাকএ খম্ব'। থোইবী মমিৎ উইসিনখ্রে।
শোক্ত শোকপ মানখবে। খুমন চংসিল্লক্লুবা,
য়েংই মুংশা থিথরে। মোংয়াই খে-গুম লাংসিনথি।
কমজা মখুৎ অহুনা 'মফম বদাই শোকপনো'
হায়না থিরে। থাদোইগী নাপ্প তাবা শম্লাংমু
হাইদোক হাইদোক য়েংঙকই। মতম অসি থোইবীদি
মুংশা সোর থিংখরে। তাং তৌবনি খংইবা
লমজা খম্ব মচেম্মক মুংশা থিরে—"করিনো!
শোক্ত শোকখিরবরা!" খল্লে মতম অহুদা।
মুজা ওইবী মহাক্তি খোমুম লাইগী ছাইওন্নি,
ওইনিং ওন্নিংবহুদা মনিং তৌবি থাদোইনি।
মুংশাথিরে খম্বদো—"ইদু নিংথৌ খোইদৌদা

পায়ুগবা ইবুংঙো! মন্ত্র শোল্লুবে-কয়ো!—
ইচেল্লন ছুম্ পায়বিয়্।" হায়রম্লগা খম্বনা,
থাদোই ঙকশম অহুবু নোংয়াই খুংনা কোঋংলে।
থাদোই মাগী পুক্লিংদো কালেন মৈনা চাকপদা,
থাব-উল্লেন পুশ্রিদা কুমজবগুম ইংইদো॥
সুংশা থিগ্রে খম্বদো—থাংজিং মাবু খুরম্মে।
নোংয়াই চিন্না থাদোই নাপ্ল তম্মা লুকখরে—
"কেগে থাংজিং কোইরেল লাই, নংনা থোয়ুম কুবিয়।
খুমন-মংদা মহাক্লা-তিন্ গদবা লৈরবা,
থাংজিং নংনা ক্ষহল্লু। সিন্না মন্ত্র ওইগেকে॥"
হায়না শোল্লগা থোইবী লবাই লেক্ষ্‌দা
খুমন্ চিন্না চুপ্পুনা কাম্মে মিকুপ ফাৎলক্লে,
কাংথোক্লেন মুক্তা চাওই "হে" হায়না সোর হৈম্বে।
থোইবী খম্বাল লকাগুম্ নিংথিজবী মিৎ-অদো,
পাংথোরক্লে। খম্ববু য়েংই—"কনানো" হংই।
"ঐনি মজা ইবেম্মা" খুম্মি মচেই মাংহুদা
ঙাহাক লৈরে হোৌগৎলে। ফম্মে ক্ষরে কৈদৌদ্রে।
মমা শকপি অমিগী নূরা খয়্ হায়রকই—
"ঐনা অসাই তৌগম্নু হায়দ্রো করি থোকএ-সে!—
কাগি তৌবা য়াদ্রনে, কল্লেই মতিক তৌবিরে॥"
হায়রে খম্ব-ইকাইরুই! খম্বা অহুম চৎখরে।
পোৎতু 'মতা পুখিদ্রে। খয়্ মচন মমিংনা
হৈগী মথৈ খন্দুনা অঙম মথৈ পুরক্লে।
ঙমদ্ মথৈ থনম্মে। হৈ-তু থুংগ্রে। থাদোইসু,
অরাম তম্পাক য়োৗথরে। মনাই খয় থাহুন্না
চিংথোংদগী পোৎয়ামদো লোহল্লরে থুংখরে॥
কোয়ৌ সুমিং অসিদা অঙোম বাস্তোন লোইখরে।

মোইরাং খুল্লক থুংখরে অঙোম মথৈ লাংবনা।
চাওবা বাক্তৌন পিক্লরে—"কম্বিগীদি বাক্তৌম্মো?"
চাওবা হংবিরকপদা—থোইবী পিরে নোংবান্দা
হয়েং হৈজিং পুরনি।" হায়জক্লরে নোংথোন্দা।
মোইরাং চাওবা শাওসিন্নে মরোম অমা পুথোক্লে।—
"মজাই-বেম্মা থোইবীদি, খুমন মচা খম্বদা
হৌজ হৌজ পিখরে, মপা মপান অনিনা।
মুম্মা লৈবা থোইবীবু, লৈপাক কনা খংদনা,
অঙোম হায়বা ঐখোইদা পিরে হায়বা বাহুদি—
মোইরাং অঙোম ঐখোইবু চোপহল্লগে হায়বগী
তৌবক্লবা খুজিন্নি চংলো মরা তানিংদে।"
চৈবিরক্লে চাওবমা বাক্তৌন অহ লৌদরে।
থোংলেনবুদি অঙোম্মা বাক্তৌন পিবা ঙমখিদে,
থোংলেন মাবু কিবনা, অতৈ পুমথুং থুংখরে॥
খুমল লোমগী বাক্তনদি থাদোই মজা ইবেম্মা!
নুরা মাগী বুদ্ধিদৈ ইহান হানবা মক্তদা
সনা কোন্নুং থুংঙরে ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা,
মহারাণী উম্মরে সনা চোবোন য়ৌখরে।
কোন্নুংলোমগী মথৈনা চিংখুববু নোংবানবু
মৈ থোক্লা শাওই হায়বে—"নোংবান মাগী বাক্তৌনদি
ঐখোই 'মত্তা লৌবরোই।" হায়বিহৌরে খোখোৎপা।
অকোনবদা অঙোমগী কোন্নুং বাক্তৌন য়ৌরুরে।
নিংথৌ মহারাণীন থিনা হায়বে অঙোম্ব,
লৌখিদরে বাক্তৌন্দো! তমপাক য়ুমগী বাক্তৌম্মা
সনা কোন্নুং য়ৌবদা শাওই নিংথৌ মনাঙবু!
বাক্তৌন অহু থুংখরে। মোইরাং খুল্লক অসিদা,
অঙোম মথৈ হুন্দাকই অচৌ থপিক খাইদনা

খুমন্ন বাক্তোন খুংখবে। বাক্তোন তৌবা লোইখয়ে॥
ইনুং মতম ওইবদা থোইবী মপু মনাইদো
লাইরৈ-শংদা কুম্মল্লে। হৈজিং পোৎপু শেম্মনই।
কাপ্রে থুংখ্রে। থোইবীদো নিংঙোন কাদা চংখরে।
ইনুং ঙক্তা হৌগৎলে চিংখুবনা লাংখয়ে।
থাদোই লুহোংনবগী থৌরাং পুম্বা লোইবদা—
থাদোই মরা হংঙকই। মমাশিংনা—"ইচাদি
ঙরাংদগী চাখিদ্রে চাক্কী মরু অমত্তা,
মকোক ঙাংবা হৌদ্রুনা লেংবা ফাওবা য়াখিদ্রে।॥"
হংগৎখবে মপাদা॥ ভাবোক কারকপা হৌরে।
কবম্মো চুদে হায়না—হংনবদা থোইবীদো,
শাওখিবনা মী 'মতা চংবা লাকপা য়াখিদ্রে।
এংখুরাংবী মমা ফাও চংব ঙমদ্রে মনাক্তা॥
"চংঙকপ 'না ঙসিদি থাংবা য়ানগনি" হায়না
থাং অমা নুরা নাক্তা থম্মে ঙাংবা য়াখিদ্রে।
লময়াইদা মী চৎতরে—মনিং থোংদা কোইনরে॥
নিংঙোন কাগী মপাদো খুনিং কাংন চৎনবে॥
শঙোম শাগৈ তিন্দুনা অরৈ মথৈ শেৎখরে।
লোংবান ফিজেৎ লৈতেংঙে বোর যাত্রা তৌরল্লে।
কথেন 'ঙনবা হাগৎপা অমুক পুংলুপ অথমবা
মতম সিদা লোংবান্দো ঙনপাক যুমদা থুংঙরে॥
মঙাই পোৎ লান্নখরে—কৌসিন্নবে ফম্নবে।
মীতম ঙাম্বু থুংঙরে মরি মরি য়ামখরে।
সেনু মাদি থদোইগী হিদাক খিবা কোই' চেম্মি।
উরে ময়াম লাকদো—মবেম্মগা তানয়ে।
মশম্ব খোমগৎখরেদো—নাথেক তৌনা ইনখরে,
ইমফীমা সেনুদো শক অচ্চগা চুখরে,

অরাম তম্পাক য়ুমথুগী মপা। মপী মানথরে।
য়েংথোরকপা মিংয়েংদৈ থাংদোরকপা খোংথাংস্থ,
ঙাংথো-মাকথোরকপসি নিংথিজগ্রে সেন্নুদো।
চিংখুবগী তালোইশিং হুদৈ কোংগাই অমনি,
হেল্লি চুগ্রে লমদমদি অরাম তম্পাক য়ুমজুদা।
অচৌবদা ঙাংউবা, মীতা শিদা হুমদোবা,
মীতা থংবা অসিদা মবেম্মগী মথক্লি।
হায়রকদবই তৌবনি সেন্নু মানা পুম-হেন্নি।
নাকম থোংদা থোকথরে- চাইথ-শংলোম চংগ্রগা,
সেন্নু মখুৎ হৎতুনা—"মীতম ঙাদো অসোমদা
থিল্লে থিল্লে" হায়রকই। সেন্নু মাদি লৈসিনগ্রে।
মশা অহু শেংদোক্লে মফী অমুক হোংদোকই
থোইবী নাক্ত ফমথরে। মীতম ঙহু চংথরে,
চাইথশংগী লম্বীদা খেংনকুরে—"লাল্লেনা,
লম্বী লাল্লে হন্দোকও" লাওই মাংগী মথৈনা
তুং-মথৈনা চংসিল্লি।—সেন্নু মানা ইশিংস্থ
পংহৈ হৈদোকপিরম্মে, নাম্থোক্তুনা ঙা মথৈ,
ফংতবদা হৈজিনগ্রে অতুক যাম্বা ঙা অদো
তরুক তরেৎতা ঙাইরে। মাংন তুংদ লৈহৌরে
ইন্সিনগ্রে মযানদো নিন্‌খ্রে বা বা লাওনগ্রে।
ময়ামতু নাতোম্ মেমৈ। ফত্তবা অহোম্ বতুদা
চংগ্রে লোইনা ঙা মথৈ। মীতম ঙা থিবকপদা—
"ঐখোইদি সোমদা লৈরে।—কদায় চংঙরিবনো?—
মুপী 'মনা কৌসিল্লি, চাইথ শং ঙাক্তা ঙাইগ্রে।"
মুম্বা তৌরে হাযনরে। ময়াম অহু শাওনবে॥
"থিকবদি নঙঙবোই মীতম্ ঙা থাবা মতমদি
হেনখিগদোরে কম্নো! অমৈবতু থায়সি।"

হায়রে অরৈবহুনা পাংমনবা থাখরে।
অহানবদা মীতম্ ঙা পুন্নকপা সুপী শিংদো
ভবোক মরক চংঙমদ্রে—মফী মরোন তুমহুনা
অমা হোংদোক্লবসু য়াওনমক্তা, 'হুম হন্খ্রে ॥
সুপী তরা কুন্মুক্সি মীওই মূর্ত্তি কব্জবী
অহু ঙাক্তা অঙোমগী খঙ্গহুনা লাকচবা,
মাংমক হেক থাহুনা। দায় হন্খ্রে ময়াম অদো ॥
মহোয় 'হুনা ইকাইবা—ঙাংনখিবা, চৈখিবা,
মীগী জাৎতু থাকখিদ্রে। মোইরাং মীশিং থুংউরে।
ইরোই লোইবা অহুদা মাগী মাগী ইমুংগী
নিপা ফাওবা—"মহোয়না চৎলু চৎলু হায়জিনবি।"
হায়না চৈবা হৌথবে। মমৈ হুদা—"অসাইগী
থোইবু 'সোমদা' হায়হুমা কৌসিন্বদো কনানো ?
চিংখুবগী তালোইদি অতোম্বিরা কনানো ?"
ঙাংনবগী চৈবগী লোইবা লৈত্তে চৎখরে ॥
ভাবোক চিংগুম চোনখরে। মন্ত্র হৌদ্রে—ফান থারে।
নোংবান থোক্লে। সুপীদি—থোকপ-য়ারে হায়রক্লে ॥
থোইবী মাগী মনাক্তা মনাই সেম্ম নত্তনা
কনা মত্তা চংকদ্রে। মমাশিংহু সেন্নুদা,
য়েংই মাগী ঈঙ্গিংত্তা। চিংখুবনা মরোন 'মা,
মমাশিংদা হংইবা মমা মথৈ নংবনা
ঙমদ্রে ৈলবা থাংজবা—মমা ময়াম চংউরে
থাদোই মাবু য়েংবদা, য়ামফক্ তাদ্রে য়াদরে।
থোইবী নাহে খোন-হুনা ময়াম অহু মম্খরে ॥
সুমাং ভাবোক তাখরে। "কর্নানো" হায়নরকই—
"মজাই বেম্মা থোইবীনি,—(যুব্রাজনা) ইচানি ;—
কম্মো তৌরিব্রসিদে ? কৈদৌঙৈদে নাবগে ?—

ঙসি মথৈ নাৰনি -কোকঙাওবা হৌৰিবনি।
হুদি সেন্নু চুমদেদা, নাহে হান্না তাক্কনি।
করম তৌনি অসিদে। (সেন্নুনা) কৰি ঐবু,
তম্পাক মুমগী মাইবরা ?—হায়করম্নু সেন্নুদা
ইবেন্মা শাওরক্নি।" সুন্না ময়াম খান্নরে।
তৌজে হায়হ মঙাইরে। মজাইবেম্মা থোইবীদা
জীব' মনা চংহুনা ঙাংউ লাকউননবা,
লৈখিদরে উপাযদো তমপাক মুমহ ॰মুখরে।
অযো হাযবা থোইবীগী হেদো নাহে খোন-হুনা
নাৰা মীকপ খোনদি শক্-অতা মথৈ অহুনা
ঙমখিদরে ঙাংউবা, মমা মপা ওইবনা;
ৰারে অহুক য়াম্বদো থোইবা নাহে খোন্হুনা॥
নোংবাম লুহোংবান্-হুদা যম্ব মতম কুইবক্লে।
চিংখুম্নু মমাশিংম্নু হাযাম ঙাংসি ঙমজদা,
নিংঙোম কাগী লমযাইদা হংগংহন্দা চংলকপা।
অমুক থোকউই চঙকই অমুক থোকউই চংঙকই।
চিংখুবনা ৰাখিবা লৈপাক-নদি কবম্লো
কবম্লোদি হান্নজিল্লক—অউবনা ৰাখব
যুবরাজই মতৌদো। মমিংতা মপী তাগ্রে
কেক্রু, মকম মুখবে-যুবরাজ লোইরক্লে।
মপায মাইথোং উবদা মনা মপন কপখরে।
এংখুৰাংবী মমাদো—"নিংঙোন পোকপা পাপ্নিকো
ঙৰা স্নুৰা মংচদে মপা মমা ওইবগী
ৰানবদি ওইখখরে।" হাযবহুন: কপ্লক্লে।
ময়াম ৰানবহুন: ৰামনখিবা অহুদা
ৰাবে মপু মনাইস্নু—নুৰা মবুক মবুক্তা
কম্লো হায়না খনখবে থোইবী ম্নেংবা ঙমদবে।

চুম্বা নাহেবদগী মজাইবেম্মা কপখয়ে।
সেম্মু কপ্লে। তানয়ে—নুবা অনি কপ্প'সি,
অমৈ মতৌ অমম্মা য়েংবা ঙম্মরক্তরে॥
মপাল-লোমদা ঙাংনরে– "মথা মনাও নৈহনা
অমা হোংনবম্মু লৈব নত্রে কায়ত্রে!
ঙসি হোংবা য়ায়রোই থোরকও নোংবান লাকও!"
কনা 'মনা—"কৈদেমো ঙমত্রবম্মু ঙমদনা
ঙসি হোংহৌত্রবদি নোংবান তোকএ ফংগরোই।
নোংবান ময়ুম য়োদ্রিংঙে য়োথ্রগনি থোইবীদি
খুমন লাইর শংদুদা!—কন্দি তৌনি নোংবানগী
মরাইবকী থোকপনি।" বনা-মনা হায়রকই—
তৌরি-মতৌ অসিদা কম্না হোং'নি হৌজিকপো!
হোংদ-য়াদে হায়রগা, চিংথুবগী মচানি
মচা মনাই অম্মানি মনাই সেন্নু থোকহল্লো।
থোইবী মানা হেন্দেদো সেন্নু হায়বি মনাইসে।
হন্দোকচগে হায়রগা সিঞ্জরসন্নু ফোয়া
মজাইবেম্মা থোইবীনা। থোইবী মানা য়াখিত্রো।
সেন্নু ফংবত্র ঙৈনা। কেগে নৈপাক অসিদা,
সেন্নুগুম্বী নুপীবু হাযযু কম্না পোকপগে?
সুম্না ঙাংনখিবনা বাগী লোইবা লৈতরে।
খাইনা হায়নবগুম্না মীনাইনি হায়বা মথে
শিংথোন সিদা তাবনি। মোইরাং নৈপাক অতুদা
থোইবী সেন্নু খয়্নে, চিংথুবগী অতোম্বী,
মরি অসি চপ মান্নে। থোইবি মপোক ফবগী
থোইবী-থোইবী কায়বনি। রানথরে ময়ামদো,
নোংবান পোকপা খাত্রাকপা—খুরাই নৈমা অনিদো
এব য়াক্রে হৌগৎলে মাগুব অকোইবা চংলে।

ছুমাই ছুম্মে মুশিন্নে। "অসাই থাইদি উরম্মি
উখিদরে চিংখুবা মমা মাপল অহুম্ন।"
ঙাংনখরে লৈপাক্লা। তম্পাক যুমগী মী মথৈ,
লৈখ্রে লোইনা মঙ্গুংদা থাদোই মাগী নাক-ওইনা।
অপং অশিং নাইদবে, কদায়বুনো কনাদা
হায়রিবনো খংনদে "চুমত্রে চুমত্রে" হায়বনা
নিন্নখরে মীয়ামদো। হুগী মৈ অপুম্বদি
হৈরে চিংখুবই থক্তা। ময়াম হুগী অবাবা
পুঙমদরে চিংখুবা তুগদোরে—ওন্মক্তে॥
তালোই লক্তই থোইবী ভালোই ইক্তোন তোমবীদো,
খাংবা ঙমদে য়েং-ঙমত্রে মপু মাগী মায়থোং-দো!
কনা'মগী য়েংখিত্রে—থাদোই নাক্তা চংলক্লে।—
"ইমাইবেম্মা লালেলহন! করম্নোনে ইবেম্মা!
নূরা লৌশিং চাওবীনি। ইমোম নংগী পুক্নিংদি
খংজে নমা ঐতনা। লিল্লা মাবু শিনবা
মুজা চৈম্নু তেক্কবা—লৌশিং চাওবী নংনিদো।
নংব পোকপ পম্মোদি নূরা ওইবী ইবেম্মা,
পায়ম লিংজেন থাবনি ইকাইবনা মরম ওই
য়াইবী নংব থোক্লগা ইমোম 'বেম্মা মাংঙেদো।
নূরা লৌশিং চাওবীও! ভাকপিরোবা ইমাদা!!"
মীৎত পিবু তা-মথৈ কপ্লরেদো মমাতোন!
থোইবি' য়েংঙমদবগা-মপা অনি চানরে
মপা মমাই অরাবা পুঙমদবা মরম-ওই,
"পলেম 'বেম্মা থোক্লগে, নচা ঐগী ইবুক্তি
পলেম ওইবী নংদনা খংইবনি ইমাতোন!
পম্মৌ লৌই হায়বগী পলেম কৌবা মডাইদো।
নচা ইরু মাইথরোই তুম্মা থোকে ইমাতোন॥"

হায়নখরে, মমাগা মনাই সেমু কৌবিগা
অহুম নাপ্প চিক্লরে, মান্নখরে অহুমদো।
"থাদোই থোরকদৌরে তংঙাইফদ ওইবগী।"
হান্নরে মমাশিংহুনা চিংখুবদো হন্নাওরে
শিরুবদই হল্লকপা তুগী শরুক চামনি॥
"মাগুব মচি ফাওবদি থোকউ, তুগা ইপাগী
নিংথা থুংগে, হায়খরে। মপান্দম্ভ তানরে,
থোরকনি হায়বসে। মমা তোনগা লেম্নুগা
সৌরে থোইবী হৌগংলে। মিং পাংবদি য়াদে হায়,
মমিং অনি উইসিল্লি। ইপাই হৌবগী হিদাক—
উচান মচি অহুনে লশিং মনা অহুগা
তক্ক্না তৈখিবনা মমাই অহু কুপখরে।
লবাইদা হাপ্পতুগী ঙৌনা ঙৌনা চেম্পবা
অমুবা শম্ অহুনে মতা 'মা ওইনা উরে॥
মতম অসিমক্তদা মহারাণী অহম্ভা
য়াওদে নিংথৌগী তালোই অতৈ লোইনা থুংঙরে॥
খম্বই হৈজিং লাকপদা মহারাণী অহনবু,
হায়নরকই কৌরো লাও। তাবোক মন্নাম অহুনা—
"মহারাণী তন্নামম্বি কোমুং থুপ্প লাকএ।
অঙোম মাগীদমক্লি।" হন্নাওনরে অম্ভুন্না।
মঙ্গানশিংহু থোইবীদা "ইমাথোই লাকএ-'বেম্মা!
অঙোমগী নত্তে থংউ খুমন লোমগী বার্ত্তোন-নি।"
নাপ্প চিক্ল হায়নখি। হন্নাওজরে থোইবীস্থু।
মমা মাপম অহুনে মঙ্গান তন্নামম্বিনে,
মমুংদদি মান্নখি। ফমুংদগী ফিশিং-হু,
অমত হেক হোংদোক্তে। কজেং লৈ-হু নম্‌সিল্লে।
যুবরাজনা "লোইয়ো অলংকার তেইহল্লো।—

লোইরে লোইরে।" হায়দনা মমাতোনগী সেম্বুগা,
অনি নাক্তা চপ্পনা পুথোরক্লে থোইবীবু।
যুব্রাজনা "করিনো হৌনদনা মাহুদে!—
করি থানো, যুব্রাজ! হৌনবা খিরবদি,
তোকএ ঙসি ল্হোংগ্রে। ন্যারিবনি ইচাসি।
তংঙাইফদবগী থোকইবনি করিনো!"
মমা তোম্না খুমখরে। "তোক্কদগী শরুকতি
তৌরসমু, লোইরগা লোইরে।" খনগ্রে যুব্রাজ॥
ভাবোক ময়াম অহুনা—"কৈনো কৈনো অসিদে,
মজাইবেম্মরা সিবো ?—নত্তে নত্তে।—মানিদা!"
হায়নখরে নোকুপ-ম্মাও, পুম্নিন ওইনা নিনখরে।
"নোকউমু, নোকউনুমে, নহোর ঙসি চোপকনি,—
করিনোদা 'খুংঙোশা! শিবু উর নোক্কবা!—
মোক ও নোকও য়েংঙসি।" ময়াম অহু হৌহুনা,
অনোকপমু, 'খাম্বমু চপ মান্নরা নোকখরে।
মানি নত্তে হায়নবা নোংবান মাম্নু তারক্লে।
কম্মকপনা কুইবনে, নারে, থোকপা-ঙমদরে,
হায়নখিবা অহুদা, ময়াম'—"নোংবান থোরকও।"
হায়নবহুম্মু তাই। "নারবমু ঐসিনা
সুম্না কম্ব-লৈরদি আশা অমা লৈরিকো,
হৌগংখ্রবা কৌবদি তোকএ তাঙ্গা লৈতরে।"
সুম্না খম্ব লৈরকপা,—'থোরকএ' হায়বা তাবা
মতমহুদা নোংবান্দো—"ঐনা হৌগংলম্নদি
তোক অত্রদো ঙসি ঐ" খল্লম্বনি, অহুদা—
মানি নত্তে হায়ব 'মা—তারকপদা নোংবানদো,
মবুক্লিংহু লাংথরে—নোংবান "কৈনো থাসিবো"
হায়না হম্না য়েংঙরে। ভাবোকশিংনা—"করিনো

মোংবাল হায়বা মিপাসি মমায় সউন তোপ্লোইরে।—
সউন নত্তে য়োংনি হাই” ঙাংলৈ মুম্না ময়ামদো।
নোংবানগী মমায় অদু সেবা চংবা অতুনা,
“হৌমদেনা কম্নিনো!” হায়না লৈসিনবিখরে॥
হাইক্কেং উহৌবদুদা থোইবী নত্রে শক অদু,
লাইওই তীল-ওই উখরে। নংত্তবা তারে চুম্মে।
শিন্নবোইবে অমনা, কনা ওইরমগবসে।
ফরে অম অমস্তু ওইগে হায়বা ’মা ‘ওইরো।
হোংবদদি হোংখিগে থোইবী ওইরে কৈদৌমোই।
ওইরমদবা থোক্লদি ‘চিংখুবগা নোংবানগা,
কেগে ‘চৈরাপ য়ৌনগে থিম্নগেদো।” খনখবে।
হান্নদদি খরতুম নোকনিংঙমদে ময়ামদো,
দারি হেক কুম্মকপদা, লোকচু হৌনা উচানগুম
থাদোই মাগী শাবানা, কেগে ‘লাক অতুদা,
তোমথিন ওইনা থোকপনা নজাইবেম্মনি হায়বা,
লোইনা পুমথং খংনবে। থাদোই মাগী শক তুগা
মনিংথিজ মফজ—তৌথোবকইবদুগা,
থোইবী মতৌ অতুদা মথাম অদু হৌদুনা
খুবাক খুনা নোকখিবা; তমপাক য়ুমদু কাইদৌরে।
মাসিদা হেক নোকত্রিবা থোইবী সেন্নু মমাত্তোন,
চিংখুবা, অঙোম নিংথৌ নোক্তে মঙা অসিদা॥
এংখুরাংবী মমাদো মানা ইহেন হেনখরে,
নোংবান পোকপী মমানি খুবাই লৈম ফাওবদো
নোকপ্রে থাংব-মাখিত্রে। চুমদে চুমদে হায়নরে—
“করি চুমদে তোক্কত্রা, তংঙাইফদই তৌবনি।
নারিবনি মী অসি।” ঙাংলৈ খংলৈ তিন্নত্রে।
নোংবান অমা নোকখিদে মাদি শাওরি তাঙ্গা’সি।

মাসিদা য়াম্না রাবা যুব্রাজনি, কয়িনা
"ওমদ্রে হায়না অয়ুক্কা লৈথোকপ্রবদি মাংঙে"
হায়বসিগী যুব্রাজ—"নায়ন্থুনা ঙৌবনি,
য়ারৌবিগুু" হায়রুনা কোয়ন চেম্ন থাংজরে।
লৈপাক ভুমিন লৈথরে। চেক্ মোক-লাওনখিদবে॥
খুরম্মু হায়, খুবগদে। কোক নোম্বা য়াদে হায়।
থোইবী মথোং অহুনা নোংবানগী থোংদা নেৎলি।
খুং তিংথোকউ হায়বদা য়াদ্রে থোইবী তিংথোক্তে।
সেন্নু মানা তিংথোকই। সেনুগী 'খুংকা নোংবান
খুংবা অনি পুনখরে। "লৈ হুকউ" মাহুন্নুনি।
"ঐদি ওমদে সেন্নুও।" সেনু মাম্না "ঐ হুক্কে
ইবেম্মগীদমক্তি!" হায়না সেন্নু হুকখরে।
লৈ পরেংহু থদৎলে। থোইবী লেংবা যাদে হায়,
খুবমখরে ভাবোম্নু, নোংবান সেন্নু অনিনা।
থোইবী মাগী ফীজিদি মমাতোম্না খুমজিল্লি।
মমাতোনগী ফিজিগা নোংবাম ফীজি কিসিল্লে।
ইমুং চংলক্পহুদা নিংঙোন কাদা থোইবীদি
ইয়েন অহুম চংহৌরে। সনা মহি কাচিন্দা
সেন্নু নোংবান মমাতোম অহুম অহু চংলকই।
সনা মহি খুরম্মে। "অপোকপদা" হায়রুনা
চিংখুবগী ওকচাও-'মা থাকইবগী মপাদা,
চংখিহুনা খুরম্মে। মপাল্লোমদা ওক-ভুনা,
খুদেংদগী হৈরাহু চাবা মথোল অহুবু,
"অপোকপম্না হয়াওয়ে পুন্সিরনি" হাযবিরে।
সেন্নু মানা কাভিনা নোংবানগী কীনারোমদা,
চপথংহৌবে ভুবংনা। নোংবান অহুম থোকখরে॥
লুহোংবহু লোইবদা "সনাও 'বুংঙো! কম্দোই?

নজাইবেম্মদি ঙসি থিনবিগদ্রা ?" হংউবে।
যুব্রাজনা—"ঙসিদি ইচা নাল্লি যাদল্লে।
মুমিৎ অফব-'মদা।" হায়বিখল্লে। হনখল্লে॥

৩

লাইথবানগী লম্বীদা খুমন লোমগী মীযামদি—
থোংলেন চাওবা নচিংবা খম্বা খোইনা লাকপসি
নোংবান অঙোম কাঙ্বুনা উবে। "কনা কনানো ?"
হংনরকই। হায়নল্লে। "খুমন লোমগী কাঙ্বুনি
থোইবী লুহোংবা লাকই।" অঙোম মসেন ঙাংনল্লে—
"থোইবীদি অনি সদে--মীনমইনা চিংখুবা!
চংসি হন্সি ঙাংনসি।" চাওবা থোংলেন তাক্লল্লে—
'কবি পোৗগী হনগনি" খুদই খুমন কাঙবুনা।
মুব সোল্ল' ইল্লবে। কৈবোইজাম্বা চোংসিনখি।
অঙোম সোৗবা ফুকুবে। নোংবান মানা—"কল্লিনো ?
মীনাই মশেন তৌসনু কাব মপু যাওক্লল্লি।"
কৈবোইজাম্বনা—"কবি! নংসু অতু মঙাইনা।"
হায়না চোংসিল্লকপদা নোংবান তন্না লৈথোকখি।
চাওবা থোংলেননা চংবা গুল্-লৈবদি খিবক-তু
উক্রুবদা অঙোম্না কিল্লে অতুম চংখল্লে।
খুমল-লোমগী কাঙবুদো লাকএ, লমৱাই শংহৌল্লে॥
অঙোম মযুম যৌবদা খুমল লোমগী মাযকৈন্দু
অনি তিমবা য়াদৌবা মীওা অদু থিদুনা
নোংবান মানা থারক্লে-ইবাং পুম্বা যেংনবা॥
তম্পাক যুমদা খোইবীদো নাব ফবে হৌগৎলে।
ইরু ফাম্দেং লোইখল্লে। মহারাণী অহন্দো,
খুদক তুদা থুংলল্লে॥ চিংখুবনা—'কবিনো!

খুদক তুদা থুংলল্লে॥ চিংখুবনা—'কবিনো!

লোইর লেংবিরকপদে ?—কদাই লোইবা হায়রবদে ?
ইতৈমদি য়াম্বুংগী য়াথং ইম্না লাকপনি।
খুনন লোমগী হৈজিংদা য়াওরু লাংউ হায়হুনা,
অঙোম মাগীদমক্তি লাকপ নত্তে ইতৈমা !
খুনন ইয়া খম্বগী নুবা ইমোম থোইবীগা,
অনিসিগী মঙ্গোনবু পিগে হায়না লাকপনি।—
অহুদি ইতৈমদি পুকচেন য়াম্না কত্তেনা !!—
ফজ্রিবদি নংনিনা ! নকোক্তি, অমা হুগা
নরৈ তরা পানবরা ? ইকাইদবসিগ হাই !
হাই ! হৈবুংগুয়া শিন্‌বা !! খুরোংপী ইনাওশিং-ঙাক্,
থিরে, করিগী হুগা, মীগী মকী পামহুনা,
তরা পোকপস্থু নত্তা ! নচায় মরম্নাই সেন্দি,
পিবা ঙমদ্রে, অহুগা নংনা ! ইকাইদর হাই !
কেগে লৈপাক মাংঙমদায়, ইবোপা পুংদা শন-ফারে !
নিংথৌ নচিন ননাওনা, ইচাপিনি হায়খিদ্রা !!
নমিং থিংনা য়েংজরু ! মীরৈ হৎতৌনি খংব ,
মোইবাং চাওবই মখুংনা চৈরাপ উথোংদা থাংনা
হক্‌খিবদো কাওবরা ! লমজেন চেনবৈ. লৈরাংবা,
থৌদোক খুদিং কম্নাদা নিংথৌ নচিন ননাওনা,
হৌজ হৌজ চামরক পিথ্রববু নংতনা,
ননিং পংতৌ তৌবদি ! নংন পামত্রা লৈবাক-সে !!"
হায়না মহারাণীনা মৈ হৌমথৈ শাওবক্লে।
লৈপাক অমই মবেম্মা। শাওদ্রিবৈদা লৈরাংগুম
থোংম নোন নিংথিবা চম্‌দবনা ওইবগী
গুন্দি মখল কয়ামা মুক্তা থিনবী হুপীনি।
শাওরক্লবা মতমদা লোইবী মাগুম শকুথরে।
সন জিংগুম লুমথরে পুবঙমদে, চিংথুবা।

লৈকম লাককম খংদরে। কিপ্রে মহারাণীব,
চিংখুববু থনম্মে—চিংখু-তালোই শিংহুদা,
ওন্সিল্লে মহারাণী। "ইকাইদবী শিংসিবু!
পুম্নমকসে নহোয়না খোকহল্লিবা ঙাক্তনি।
নিপা বারকন্তবীশা!" চৈরে ময়াম হুবুম্ন।
"ফৈ ফৈ তৌবিয়ে।" হায়না য়ৈসিনখরে চিংখুবা।
তুমিল লৈখ্রে মোংদরে॥ খোরাং পুম্না তৌখরে॥
"সেন্নু চংসিনখিহুমা—"পাবুং বার্তোন কৎচরি।"
হংগৎলুরে। চিংখুবা শাওসি কদায় ঙমদরে—
"সেন্নু। কনায় বার্তোন-নো?—নজাইবেম্মগীনি।
মবেম্মই কৈদৌদৌরি?—খুমন্দা লুহোংবগীনি।—
অসাই হোংব অহুদি?" মজাইবেম্মানা খুম্মি—
"পাবুং! ইতা সেন্নুনি। থোইবী মংবু অসাইদি,
মাই হায়বদায় ইবেম্মা? করে পাবুং। অহুদি
ঐস্নু নারেদো থোইবী, ঙাংবিরন্নু ঐভোন্দা!!
হাই হাই মুপীশা। নারে ঐহাক; নহোয়নে খোখোৎপা,
চৎথোকফদে অমতা ঐগী ইনাক সিদগী।
লাও।" হায়হুনা চিংখুবা তালোই মাপন কৌসিনখ্রে॥
চিংখুবদা হংঙকই মহারাণী শাওরপ্না
"অতোন যুবরাজ কৈদৌরে?—নারে।—ইনাও মাপন্দি?—
অনাবা সেবা তৌরি।—ইনাওশা! করি হায়রি?—
মপুমিনা ঙমদরে।- করে হুদি তৌরগে,
নহোয় হুম্মা য়েংউকো!! হায়রে মহারাণীনা॥
মনাইশিংদা চিংখুবা—"হাই হাই নহোই, অমতা,
মাঙব মুংদোপ শেংগন্নু।" হায়রে শেংঙ্গ্রে কনাম্নু॥
মজাইবেম্মা থোইবীনা থম্বান মানবী খুৎতুদা,
বাশ্ শাজৈ পায়হুনা—"হৌজিকমক থুনা লোইরো!—

করি য়ানো ইবেম্মা, পাবুংসনা য়াথংদি,
শেংদোক্নু তাকপিখি।—থিল্লি-হায়ন-শাওবনি।
থিল্লে থুনা শেংদোকউ!" হায়বে মজাইবেম্মনা॥
মহারাণী য়াথংনা—"থিল্লে কৈদোৌরিবগে?"
সনা যাথং অনিনি, অমা খাংবা ঙমদবা॥
মাওব কাংগুম ন্যান্থরে শেংদোকখবে লোইমখৈ॥
ফীরান য়ানথ্রে কোম্বোংদা লফু থারে মঙ্গোনগী,
হৌন পূম্বা তৌথরে। নুপী, মিপা, ফম্নাইবা,
মিতিক চাবা মফমদো থারে ফীদা থুংনবা
তমপাক যুমদগী নত্রে, কোন্নুংদগী কাওবম্নু,
হোম্বরক্লে লৈমখৈ। সনা কাগোক থাখরে।
লুপা কাগোক থাখবে সনা যোম্বা হিদাকফু,
লুপা য়োম্বা হিদাকফু নিংথৌ খুবম সুখবে।
সনা লুপা খুদানৈ। বোরই ফক্ষম থাখরে॥
থৌবাং 'মতা য়া-তরে। থোইবী সন্নু অনিদো—
মপাগী লুখুমদগী সেম্ফু অত্থু ফুকউবে॥
চিংখুবনা—"কনানো? ঐথোইনি—থোইবী! অজ্ঞা!—
কৈদৌবি? দখীনাগী সেম্ফু ফুকই। নরল্লা?—
পাবুং॥" অত্থুন্ মখুমই। য়ৈসি হাযব যৈঙমদা,
লোইরে চিংখু-নহাদো। প্রান্ অত্থু যুক্তদোরে॥
সেন্নু কৈরাক লৌরুরে, থারে। ফম্থক্ তুদগী
লীকক মখৈ চিংথরে। লকাং মক্তা তাখবে।
চিংখুবনা—"কনানো? ইপাইবুংঙো ঐথোইনি।—
কৈনো তৌরিবত্রুদে?—ফীদা ওক্তে। থোইবী নং,
মত্তোয়না?—কৈদোব"গে?—নরল্লা?—নিঙোন পিবা
সুপইদো ঐগী ঙাক্লি।—ঐগী মায়কৈ অদোমদা
চংলক্নু য়েংনিংদে। তুদি য়েন্থোক্লবনি।

চিংখুবনা শাওদুনা "কৈ য়েন্ননি।" হায়রুরে।
"ঐনা য়েন্নি।" হায়দুনা থাং অমনা থোইবীন,
ফমুং ফমুং মপাদো মমা মাপন মপানে
কোৎসিন্দুনা থারুম্মে; সনা মহি কাচিন্দৈ,
চিংগ্রে লন্নি অমতং। মোহন্নী 'মা কৌরুরে।
ইমুংদুগী পোৎয়ামদো—ইয়ু হায়না ইহল্লি॥
চিংখুবনা "কনানো? কন্নি নসিনগী ইন্নি?—
মজাইবেম্মা পাবুংনা, ইনু হায়, সনা য়াথং।—
ইদ-ইয়ু কন্নিনো।—ইনু হায়রি ঙমজরোই।—
মতোয়নন্না মং-ঙসি।" নমথুদনা ইহল্লে॥
ভাবোক ভিল্লে থংকোন্না। বোর থুংগ্রে; লেংথোক্লে
মহারাণীনা মঙ্গোল তৌরে, ময়াম ওকপিরে॥
সনা খুদা থাবদা সনা থোগন তৌখরে,
সন্না হকচাং ইন্নি হায়; নিংথৌ মক্তি লেংঙকতে।
কেগে লৈকোই পুংদুদা মোইরাং চাওবা মোংথোম্বা,
মন্নৌশিংদা রাৎত্রবা, কেগে লৈপাক অদুগী
অথোবদা থেংলেনবা; ফম্মাইবদা চংথোনবা
সনা থাংগুম মঙান-নাই নিংথৌ ফীগুম ময়েক-লা।—
সনা থোগন তৌবনে। মপু সনা খুদানা
থাবা দুদা মপুগী, থোগন তারোন তাদগী
য়েংথাং ওইথাং অয়াম্বা পোৎলোইদুনা স্নুবনা,—
নিংথিজবা অদুনে। কেগে লৈপাক অদুদা
তাংনা পোকপা নিপানি মিংকী কুম্মৈ ওইনবা।
লাংগোই শামু অঙোবা খুমন মচা খম্বনা,
বোর ওইনা ফমবনে। ফম্মিবদি সোভানা
শুক্ল-লেম্বা লোইবীনি। লাংগোই শামু তোমপোক্নি,
য়াপন বম্বা শাগুবা লোইবী লোকমায় অদুদা

শামু চাক্তাবগুমই, সোভা হুদা খম্বদো॥
পাম্থোইবীগী ছাইওন্দি নিংথৌ মচা ইবেম্মা!
সনা' শাবা মূর্ত্তিনি থরাই পান্ন লেংলবা,
চেদা য়েকপা মঙংনা কল্পনা-না থিবদা
উঙম্ ফংঙম্ দরবা; মাবু উরমক্তদা
মাবু খাঙমদরবা কনা মপুং ফারবী
কনা মাগী হৌফম ওই; থাফম লৈত্তবদগী
থাক্লবনা মরাৎপা মানা নিংথিজবন',
থোইনা হেন্ন মরৈবা; মুনা শৃক্ল হৌববা
কোরৌ নোংগী তম্পাক্তা নোংথাং জগোই শাগুম্বী,
চিংথুবগী মথোম্লোন কেগে পুংদ ভাংলবী,
ভাংঙোই থোইবী থোরক্লে। খুমম মানা যম্মম্মে,
লুহোং ফান্দা থোকতনা। লৈমক্নপকী মথৈনা
থোইবী পুসিল্লক্লুনা থাৎতববা মোইরাংগী
নিংথিরবা সোভাদা মজাইবেম্মা লুহোংলে॥
সোরাবেনগী লৈপাক্তা লাইযাম সোভা তিনবদা,
ইন্দ্র ইন্দ্রানি অনি য়েৎক ওইগ কম্বগুম,
কৈলাসগী চিংদোন্দা হর-গৌর লৈবগুম্
ঙসি কোরৌ অসিদা খম্ব-থোইবী অনিবু,
নোংযাই মাগী ওইহুনা মজাইবেম্মা কমজরে॥
লুহোংবহু লোইখরে। সেম্মু মানা চাওবদা—
চিংথুবগী শাওবিবা রাবম পুম্বা তম্খরে॥
চংথিহুনা চাওবনা রায়ম স্বপ্না হায়রুরে।
"ঐদি খংদে অঙোমদা, পিপ্রবনি লোইখ্রবা॥—
খংদে হাযবা যাদরা নজাইবেম্মা হৌজিকমক
পুরগনি ঐথোইদি॥—ঙমগদরা?—ঙমদনা!"
দিংগ্রবগা চাওবদো খৎনরুবে চংহুমা।

মহারাণী চংলক্লে—"ঙাইখো নোংথোন ৱা হায়গে ;
নিংথৌ য়াওনা হোংবনি চেনবা য়াব নত্তেদো !
ঙসি মক্তি পুপ্রম্নু সনা চোয়োন য়েঁাথিগে।
হংগৎলগা ঐহাক্না মুমিং অকব 'মদা,
খুমন য়ুমদা খিল্লকে থাদোই ইচা ইবেম্মা !"
হায়বিখরে চাওবদা ।। চাওবা লৈসিনখিহুনা—
"মজাইবেম্মা ! ঐখোইদি হাল্লগে ইবেম্মা।
খুরাইবুংঙো " হায়হুনা খুবম হৌই থোইবীনা ॥
খুমন চংজখিহুনা চিংখুবদা খুবম্মুই।
যেংদে ওক্তে যুব্রাজ মমাই ইবেম লেথোকখি॥
খুমন লোমগী হনখরে। মহারাণী অহন্ন—
চিংঙহুনা নিংথৌগী তালোই তরা মবিদো,
চোংথোরক্লে থোইবীদা, লোইনা পুমকোয় কোয়শিল্লে।
পালা অমা ওইখরে—"খুমন ওংবী লৈহৌরো,
নোংয়াই ওংবী লৈহৌবো। কাওবেন ফাবি চৎলগে,
লমজেন য়াংবী য়েৌরগে। মেলৈ লাংবী কায়গে,
মুক্না থাবি তাংববা কাংজে থোইবী তাবরা।"
নুপী তরা মঙানা ইমুংহুদা শাখিবা,
জগোই অহু নিংখিদ্রে। নিঙোন কাদা চংসিল্লি।
চিংখুবদা ওন্সিল্লি। চিংখুবহু চাকখরে,
মাগী ফমজাও হুদগী হৌগৎলগে তানিংদ্রে,
হৌগৎচগে তৌবদা তরা মঙা অহুনা,
হৌগৎহন্দে নমথুরে। কবি তৌরু ওমজদে ।।
চিংখুবগী তালোইদি মাপন হুনা হরাওবা,
হায়কনিংঙাই লৈখিদ্রে। নিংথৌ তালোই হনখরে ॥
চিংখুবনা মগাক্কী তালোই ময়াম অহুদা—
"খুমন মানা পুবকপা হৈরাং নম্মুং অমতং

নংগী নংগী নকাদা পুসিল্লবা খংগনি।
চারোই শোকওই ঐহাক্না, করিগুম্বা পিরবা
মাগী হৈহু ঐঙোন্দা নপাম য়ুমদা তাগনি।
খংহনদনা মীনম্মো ঐবু পিজরবদি,
ঐবু হাৎপদি পাপ-পু!—করি বানো ইবুংঙো
মনাই ঐখোই তৌজরোই॥" হায়না খুমখি তালোই-শিং
মজাইবেম্মা থোইবীবু মমাশিংনা বারমসি
তাকপিখরে। "য়াম্না ফরে ইমাথোই" হায়রে॥
সেন্নু খাংচেং শেংতুনা খুমন মাগী হৈয়ামদো
মিংঙোন কাদা হোঙ্জিল্লে। অঙোম মাগী লৈরাংনা
মমাশিংনা থমজিনখি॥ সেন্নু মানা হোঙ্জিনবা
লোইব-নাইদে তাওজিংহ্, "সেন্নু য়াম্না উহল্লু।"
হায়বিহুনা সেন্নুনা খুমন হৈরাং হোঙ্জিনবা
লোইব কৌব লৈখিদ্রে হৈরাং মপোৎ অমদা,,
মঙা তরারক হোল্লি। অমুক মপোৎ য়াওরকই।
পাত্র তাক্তা অমুক্না 'সুম্না হোনদোক হোঙ্জিনখি॥
সেন্নু মামা হোল্লকপা পাত্র অহু থোইবীনা,
হৈরাং অহু সংদোকই মপান্দা হেক থম্বগা,
অমুক পুন চংলকই লোইবা লৈত্রে পোৎ অদো॥
চিংখুবনা উবদা য়ামথ্রবোইদি নিংউরে॥
মচিন থোক্ল হায়রকই—"য়ামথ্রবোইদা মমাশা।
হোনবই লোইব লৈত্রেনা মহোয় ঙসি' পোৎ-সিদে!—
মহৌশানি ইবুংঙো! লাইরবনা তৌবসি
সুম্না মচু তাগল্লি॥ চৎথোদ হাই! নহোয়সু
মীচং চংজ শাম্বিবোই!—মীচং নত্তে করিনো!
ফবব ফৈ হায়বনি।" সুম্না ঙাংনৈ মম্বামদো॥
ক্লেগে হায়বা লৈপাক্তা চংখিবদি থাদোইনা,

লৈশ্রেন লাংওন চংখোম্বী, ঝাহে মচেৎ অমতা
মিৎয়েং থোংথাং অমতং কাইজখিদে নিংথিজে,
পলেম পম্ফৌ কাদম্ব মথক মখা খুদিংদা,
সামাল লে মাম্নবদা মঙ্-তাইবং ফাওবদবু॥
মৈতৈ ইশৈ শকপনা, থাদোই মশক যেকপনা,
শেম্মি কাইনা চেতনা ভাবোক নাকোং ফুন্নবা॥
মঙা পোকপী কুন্তীনা হুইক্রু শিৎন-চাবরা?
সুংশিনবা হায়বনি ঝাননবা থাবনি।—
কোরৌ থক্তে তারকপা লাইজ মদোম নৈবরা?
মালেম মানা নৈবনা লাইজ মানা মোৎপবো?
মঙুন লেবা নৈরাংনা শিঙেন মনম ঝাৎপরা?
তাহবং মীগী হৌনবা তাইনং লৈচৎ হায়রগা,
নোঙ্গিংনব হায়বনি, ঝাহৈ কারন ঙাংবনি॥
লাঙ্গনবা জীবদ পুক্লিং নক্ত, থরাইদি
লৈতে অকি অথংবা অচুম্বনা পাংগনি॥
পুকচেন চেৎপী নুপীনা নতী ওইবী মহাশা,
ভক্তি লৈবা মশিন্নি। ভক্তি থাগী মরমচং,
লমচৎ ঝাহে কাইবা লংকেৎ লম্মাই তৌজদে।
চিল্লান থারান লৈজদে তাফম্নি পুন্নমক।
নীওইবগী লমচংপু, লাইগী মপোক ওইরিবা;
থাদোই বাদা যেক্লিনবা অযেকপগী দোষনি।
লেশ্রেল লাংওন চংখোনবী কাযব-হৌনদবিনি।
লাইগী লক্তা খিবদা তাঙন থোকপী থাদোইনি॥

— —

# তোবুং শাদানবা

হৈজিং মতুং অসিদা ঙাশিং শাশিং কৎনবা
অতাই-চিরাৎপা অসি মতম ওইরে হায়নরে।
কেগে চৈরাপ্তা তিল্লি। মরাম কনা চৎকনি
থানরকই। চাওবনা—"উকায়—হৈজিং হাক্তক্তে
মুংঙাইনদ্রে চৎলয়োই" খনখি। চাওব হায়রকই।—
"মনাও 'বুংঙো ইপুদি ওনখিবা চহি অহু,
খোগন তৌই। হাদক্তি,—থাংগয়াকপ ইতোমে,
নাইথহনবা অমনা, খাথহন্‌বা অঙম্বা,
সিনা থোগন ইন্সনু।" হায়মখয়ে য়ানরে।
কোরৌ মতম ওইবনা লৈপাক চাইথ য়াকুমখ্রে।
ইন্নুং ঙানবা অহুদা চৎকদবা লৈপাকী
থাংসু হৈব মখেগা তিল্লে সনা কোন্নুংদা
মোইরাং 'ঙম্বা মখেনে চিংখুব যুবরাজ,
লাংগোই মোরা তোংতুনা চেংলৌ হেনবা কারক্লে।
লৈপাক পুমতিন তিনবদা চৎলমদায়দা নিংথৌনা—
"তোবুং শা তান বায়বসি সাদম্‌ লান্দম্বনিদো,
ঙসি চৎপা লৈপাকপু মংগোল ওইবিরকউকো!"
বোর পিরে পেন্নরে, লৈপাক প্রজা পুম্বনা,
মপুই বোর অহুবু কীগাও শানা য়ানরে॥
খোংতু থাংদোক্লমদায়দা চিংখুবনা উক্লরে—
মোইরাং লমজা খঙনা মপা থোংলেন মনাক্তা
মুক্তা থিনবা শাগুন্না লৈমম্বদো লেপ্তুনা॥
চিংখুবনা—"লৈপাকসু! ইপু মন্ত্রি ভাবিয়ু!
কেগে লৈপাক অসিদা শাওং লাল-ওং খংবদি,

ইপু চাওবা নোংথোম্বা, ইপু মন্ত্রি সিমডাই।
অকল্ অথৌ অমসু য়াওদে ঙসি খোংচৎসি।
হাপু ঙাক্ত ওইন-উই লৈপাক হাখন তৌবিয়ু।"
থোংলেনবনা—"ইবুংঙো। কনা থোইনা লৈতেনা।
থৌগল অতুক হায়বদা, মোংয়াই-নোংবাম অনিদি
লৈরি অসি মঙাইবে। অতৈসিদি কায়দে।—
ঙরাং মথৈ ইপুবু! নিংশিংবদে—ফরেনে॥"
থোংলেন্‌বা মানা—"কোংয়ানবা!—ইমান্ ইবুংঙোবু!—
শাজৌতোন্!—ইপাইবুংঙো!—ইতাও নোংথোন কম্‌দৌই?
—ইতাও 'বুংঙো য়াম্বা-ফৈ!—নোংযাই নোংবান ঙসিদি,
সনা থৌগল।" হায়বদা অঙাং অনি য়াজরে॥
নোংবানগী মফী মরোন—লৌরুবে মনাইনা।
খুমন মাগী মমিৎতো য়েংই মপা থোংলেন্দা—
থোংলেন মনাই মুবনা নোংয়াই মাগী লৌরুরে।
'মুক চাওবদা খম্বা হায়জরুরে—"ইমান্‌বু!
য়াওবি নোংবান মাগীদি মচা মনাই—অমসু,
মনাও 'বুংঙো হায়বদি নোংবান মাগী মশানি।
ননাই ঐ'দি ইতোমদা! খুদোং চারোইদবসি
করম্বা লৈবা য়াবা? ইবাইবুংঙো য়াওবনা!—
চুমই মোংয়াই নবাইগা চৎলো।"—ফৈরোইজাম্বসু
"ইবুংঙো! ইবাই য়াগনি।" হায়বে। করাং তাবনা,
চেনখ্রে ফীবোল লৌরুবে। মবাই চরৈ হোংখরে।
খম্ব, মসেন মবাইনে, নোংবান, চিংখু নহানে,
তোবুং মাইকৈ পাংহুনা কুমথখরে নিল্লক্রে।
কোবৌ অসি খম্বদি—থোংলেনবদি মপাগী
থাং-তা খুৎসু খুৎলাইনে পিনয়কই মপানা॥
মীয়াম অসি নিল্লকপা মজাইবেম্মা ভাখরে—

"সেম্বু সেম্বু !—ইবেম্মা !— য়াওরিগদ্রা ঙসিবো ? --
য়াওরমগনি ইবেম্মা !" মপু মনাই তানরে ।
"নাইজহন্‌বা নৎতনা ঙসি তাঞ্জা শিদদি
য়াররোইদো উন্নবা ইপু কৌক অচানবী !"
হায়না কৌরে; থোইবীনে নাইজহন্‌বা মনাইনে
তান্নবদা—"ইবেম্মা ! চিংনরুম্মু ইপুনা।
অঙাং মাগী কাহ্নদা ঙম্বা মথৈ ভেংবাংগে ।"
য়াখি মনাই অহ্নুনা। ইবেম্মনা—"সে ! ইপু।
পান্ন অসি চাবিয়্যু। নত্ত্ব থাদোকপিগম্মু।
নম্বু ঐনা ইপুনে লমথাংদা মাংখ্রবা
মাংখ্রেদকো ইপুকো ঐনা মাংদ থোক্রুদি
ইপুই লমম শিংগেকো। ঙসি খোংফম অসিদি
মুংঙাইতেনে ঐহাকতে। পান্ন মতপ্‌ খরসে,
পিযু নত্ত্ব নোংযাইদা।" সিন্নরে থাদোই 'স্নুম্না।
নাইজহনবা মনাইনা মপু থৌগম ইনখরে॥
তোর্বুং মাইকৈ নিন্‌খরে। সোবারেন খুংগুম্বগুম্‌
নিংথিজরে য়েংবদা,—মীনা য়ামখিবহ্নুনা
মীনা মিৎপু তামখরে, কৌরব তেংগোন গুমখবে॥
তোর্বুং লমজাওদা লৈবা শাগী মরাল ওইবক্লে।
মুমিং অদো লমহ্নুদা—য়াওরু য়াওসঙাই সঙাই
মতৈ মনাও লৈরম্মি। মুপীহ্নুনা মঙ লীরি—
"থংলেন ওইবা ইবুংঙো ! ননাই ঐনা মতমদো,
ইথং নংগী নকাদা অপাম মুংশি থুংমবা,
কুইনদরি। ননাওত্তু নাবা মতম্‌ ওইরম্মি।
মাঞ্জ তুংবু ইন্দুনা সজিক হানৌ থিবনি
কোইনা চৎলি মুমিংতো। থংলেন নংগা ঐগনা
কোইজরিবা লমজাওদো থাম্বী মাবু থারকই।

ভাইবং তেংগোল অমমা। তাউব-শিংনা কোয়বকই,
মীয়াম্ন'মুক পম্বান্দা মরোন অমা কোম্বরন্দি॥
য়াইবী মাংবা তারেদো হায়না মংগা ঐগনা
খাম্বী মমাং থাদুনা পম্বাল লানগে চেল্লমই।
ননাও মুজা ওইবীবু থংলেন মাংদ থাদুনা
চেঙ্গবদৈ ননাওদি ঙম্মক্তরে শোৎথরে।
ননাও হাক্তন্নবদা থংলেম নংস্তু মৈ-দুনা
শোক্কদোরে ইবুংঙো! মৈশা খাংবা ঙমদবে,
ননাও হন্দোক্লমদুনা নিপা পাঙ্গল ওইবনা
মাঙ্গ মাংদি পাখরে। ননাও ঐবু মৈন্নুংদা
তারমইদো ইবুংঙো! মফম অসি লৈম্নুসি,
অমা হোংসি চংলসি। ননাও ঐদি শোল্লেদো।
মুজা পাঙ্গল ওইবগী শোমবদস্তু নৎতরে।
থাশিং কুমশিং সুবক্লে হোরেন হয়েং থংদরে॥"
হায়জরকই অমোমদো। লাব দুনা—"ইবেম্মা!
যাম্না চুমই অসিবু—লমদম্ সিদৈ থোকপ্রগা,
লাং-দা থুনি থংদেদো। চিঙদ কাবে কৎতবে
নপাঙ্গনগা শোনবনে হাওগী লমদম ওইখরে।
মিৎ-মাই পাংলগা দুদা রাখন অমুক থন্নসি।
ইচাশিংনা মপাঙ্গল চেনবা চোংব ঙম্লবা,
সজিক চাবা হৈবগা হোংসি মফম অমদা॥
নংবু খিংতং শোম্মল্লি।" হায়রে লাব অদুনা॥
অমোম দুনা—"ইবুংঙো! হায়বিগনু হোংলসি
ঐগী মঙসি শোইগন্দে, মমাংঙৈদা ননাওনা
থংলেন কাদা থুংব্রিঙৈ, লোয়ুম শক্-খংব্রিঙৈদা,
মঙখি মঙসি অমুক্কুং। পল্লেম পম্বৌ অনিদা,
লীজৈ মঙসি অদুদা লৌবিখিদে থিন্নদে,

মুন্নিং অহুমক্তদা লমজাও খাম্বী মৈহৌই
শিব মচেং খারুদি ঐনে ইপা ইমানে,
হিংই কুমহু ইবুংঙো! হোংখি মকম অমদা॥"
হন্ন হন্না হায়খদা নওলৌবিদে লাবমা॥
অমোম অহু থবাই বাই। শুন্না মওলিনজবা
পুংখাই অমই মমুংদা কেগে তোর্বুং শাদানবা
তারে মীয়াম নিল্লকপা। থাবুম কুমশিং সুরবী
মশা লুম্বী অমোমদো মাংবা তারে হায়হনা
কিজবনা নিকখরে—"কম্নো মাঙ্গ মাংঙেদো!
ছইনা পুমকোই কোয়খবে—তাইবং ময়াম য়াওবক্লে!
তুমিল লৈরো ইবেম্ম!" হায়নহুনা। অনিদো
য়েসিন্দুনা লৈখরে। অমোম অদো কপখবে।—
থংলেন নংবু করম্নো ননাও-পাঙ্গন শোনবিদি
মাংব-তারে ঙসিদি মাঙ্গ পাঙ্গন কনবদি
মিপা ওইবা নংনিনা খাম্বি মৈমাং থাহুনা।
চেনখিগনি ঙমগনি—যাইদো য়াইবী হিংখিবা॥
মুপী রানি লৌবিদা মাংব-তারে ননাওদি।
ঐদ ইদোম শিব'দি মুংঙাইদবু ঐহাকপু
করি থংজদরবা জীব কয়া অমম্মু,
মাংব-তাবে ঐহাকপু॥" হায়না অমোম কপখরে॥
হায়ন হায়ন লমজাওদো খাম্বী কোয়ন থারক্লে,
পম্বান মীনা কোয়রক্লে তাওব-শিংনা খোংলক্লে।
মৈনা মৈবী কাবনা কোয়ৌ নোংদোন কুপ্লক্লে।
সারাও লাল্লাও খোন-হুনা লমদম অহু নিল্লক্লে॥
খাম্বী মৈশা ফাওরক্লে সওাই লৈবা য়ারক্লে।
"মাঙ্গ কবি ওইরসিগে মাঙবা তাবে ঙসি।"
হায়রে মপাঙ্গন্নদি লৈজদব অমোমদো

মথংতুগী মথাদা নপসিন খরে নিকখরে ॥
লাবতুনা অমোমগী মশোংতুবু চিন্ন-চিক্,
লাব-তুনা চেন্দুনা চেন্থোক্লে অনিদো ॥
অমোমতুনা খুরমই—"মৈ কৌবদি লাই-মংনা
ইদোম চাক্লোইদৌরিদো তোল্লবীনি ঐহাকতি
কনবিয়ুবা।" খুরমখ্রে। অমোমতুগী অবাবা
উরে মৈ কৌবা লাইমা। তাল্লরক্লে মৈতুনা
সঙাই অনি ঙংতুনা ফংগদৌরে অনিদো ॥
চিংখুবগা নোংবামগা নাপ্প-চিক্ল অনিনা—
"য়াৱৌ শাদি থিরুনু ফারগনু ফাগনি।
ঙসি তাঙ্গা অসিনি খংউ নোংবান!" হায়নখ্রে।
ঙাংনখিবা মওংসি ফৈরোইজাম্বা উহৌরে।
খুমন মশেন য়েংতুনা ৱারম অসি তানখি ॥
"চেকশিল্লুকো ইবুংঙো।" হায়নতুনা অনিদো,
চিংখুবগী তুংওইনা লৈথি মসেন মবাইসি ॥
মৈমা তাল্লরকপনা ফংগদবা মতমদা,
লকক্ লকক্ তৌরকই। খাম্বী মামা উরকই—
পাংগন শোনবী শাতুবু ফাৱো হায়তুনা
লাওনরকই মীয়াম্না। মৈনা শোক্লদৌরবা,
মতম তুদা লাবদো থাদোরক্লে অমোমতু।
লাবতুনা খাদোকপা মতমতুদা তুথরে,
পাংগন শোমবী অমোমদো। লাব মদোম চেনখরে।
খাম্বী মৈরী খাইতুনা তান্নখরে লাববু।
"চিংউ মাগী থৌজান্না হিংঙে মুজা হিংউকো",
ৱোর পিজরমই, লাব-খোংকাপ ৱাইখরে।
খুরুপ কামজাউ হুন্দুনা মৈমাং থানা চেনখরে।
খুগা তুরেন লাইঙদা চোংথখরে সগাইদো।

মৈনা হনখরবদা হাওবি চিঙ্দা কাখরে ।
কেগে লৈপাক চংদুনা অমোম অদু ফাহৌরে ॥
তাউব শিংনা খুদুংদা লাকই খাম্মে শোকহন্দে.
মশা চৈবু থারুম্মু খান্নখরে ময়াম্না ।
মখোং মরি পুন্দুনা থমগ্রে খ্বাইগী পম্নিংদা ।
খম্ব-মসেম মবাইগী মাংমক্তদা থোকউরে ॥
সগাই লাব অদুনা হাওবী চিংদৈ কৌরকই—
"মুজা নংবু ইবেম্মা য়াইবী মাংহৌরবরা ?"
অমোমদুনা —"ইবুংঙো ! থরাই মক্তি মাংদরি !
লাম্থোকপদি ঙমদরে। তাইবং মীমা ননাওবু
চংন ফারে ইবুংঙো ! মাঞ্জ কৌবিরক-অনু ।
থংলেল নখোন তারগা চাকপ হেল্লি ননাওদা ।"
খুম্মি থোংনৈ অনিদো ! নোংয়াই মাদু তাবদা
মিৎত পিবু তারকই । খুমন মাবু মচেন্না
হুইগোই শিৎ য়াংগোই নান্ন নোংম্নাই কৌব নিংশিংই ॥
মতম সিদ যুব্রাজ, নোংবান মাবু য়েংদুনা—
"পাপ্পী অদু কদায় লৈ ? —নান থোক থ্রে" হায়না খুমই
নোংবাম করি তৌজবা ঙম্মুদ্রবা খম্ববু ॥
"লাকখিগনি চাইবিখো ।" অমুক হায় নোংবাম চিন্দি ।
সঙাই দুগী অবাবা উরুবদা যুব্রাজ—
"সঙাই অমোম অসি—অতৈ শা ফংলবদি
য়োক্কে ঐনা মহাকপু ফংব্রবদি অমনি ।"
হম্না লাওই যুব্রাজ । সঙাইদুনা তাখরে—
"করে তাইবং নহাক্না কনবিয়ুকো ঐহাকপু ।
বোর পিগে অদুগা মাংহল্লবদি নংঙোন্দা
সাপ তৌগনি ঐহাক্তি ।" হম্না খনখি সঙাইনা ॥
মফম অমা হোংদুনা লৈপাক মীয়াম কোয়দুনা,

খুজামুম্বা চিঙ-জিন্দা থাম্বী কোয়না থারক্লে।
মৈরী নোংদোন খেৎ-মখৈ চাক্লে খোংনা লাওতুনা;
কদোমদৈনো খংহৌদ্রে—সঙাই লাবা কাই-বুবা
থাম্বী মনাং থাহুনা কুম্থ্রা, মানবী চিরেম্না
লৈথক লৈখা কোন্দুনা ফুদোরক্লে ময়ামদো।
"উদ্রি উদ্রি ঙসিদি লাংওন মত্তা অমনি।"
তেংগোন কায়রে চেন্নরে নোংবান মাহু চেনখরে।
মনাও 'বুংঙো তমহুনা চেন্সিল্লক্লে কুম্থ্রাদো।
চেন্‌কম্‌ থৈকম খংদবে কাপ্প-থিন্‌বা কাওখরে।
কুম্থ্রা অহু উবদা মমই-জ্ঞান্স্ মাংখরে।
মীযামহুগী মীনিনগা, মৈশাহুগা, লম্‌নগা
খুদোং চাবা ওইদরে, কুম্থ্রাহুগী ফুজিল্লক
মমিৎ অনি উইশিল্লে—লেপ্লে যুব্রাজ চুমত্রিংবা।
নোংযাই মশেন মবাইনা উবকপদা "যুব্রাজ
শিব তারে! হাযঙ্গনা মপা থোংলন অথৌবা
থাংলেম মাগী মখুৎশু, তা-অংগা, থুনমকু,
খুমন খুৎতা পাযহুনা—মবাই ফৈবোইজাম্বগা
চোংসিনখরে অনিদো চিংখুবগী মমাংদা,
সঙাই কুম্থ্রা অহুনা সোক্কদৌবা লম্‌দম্‌হু
হাবৌ ফৈদোম অহুম্নোম রাৎপা মতম অহুদা॥
নোংযাই মসেন মবাইনা চিংখু মাংদা লেপ্পদা,
সঙাই কুম্থ্রা অহুবু সোমদা চৎখি খংহৌদ্রে
লোইনা পুম্মাং মাংখ্রে, অনিহুম্হু ঙকখরে।
"ইবাইবুংঙো কবিনো? নোংয়াই! খংদে করিনো!"
হায়নরকই অনিস্থু। ঙাহাক ভুমিন লৈকুবে।
চিংখু মমিৎ পাংথোকই—"তযুম নোংবান কদায়নো?
শানা কয়া ফাবরা অসাই অহু হাৎলব্রা?"

লাওই চিংখু নহানা। খুমন মানা হায়—"অজ্ঞা!
হাৎলু হায়বা য়াথংদি শাবুনিঙ্গু খংজদে।
ননাই ইতাওদি লৈত্তে। সনা পুক্লিং' থুংঙরোই!"
চিংখুবনা—"কনানো?—ননাই ঐনি খম্বনি ;—
নংবু কনানা সিদা, লাও হায়বা ম্লাওরিবগে?
তান-থিনগে।" হায়রক্লে। থিনগেমক হেক তৌরকই।
খম্বা মমাই লৈথোক্লে॥ ফৈরোইজাম্বা মবাইনা—
"সঙাই' হাৎকে তৌবদা. ননাই লোংবান্, অতৈম্ব
হন্দোক্ত্না চেনবিগ্রে। থবাই কন্বা ইসেনবু
তান-থিনগে হায়বদি থিল্ল ম্নেংগে তুক থিল্ল"
ফৈরোইজাম্বা শাওতুনা মখুৎশু তা চিংতুনা
লেপ্লে মশেন নাক্তুদা। খুমন মাম্বু—"থিন্বিয়্ম।"
হায়রে মগায় লৈদরে। মমৈতুদা চিংখুবা—
"জ্ঞানবু অমা তৌরুরে। শাওয়গম্ব শেল্লুংবা।"
হায়রে মসেন মবাইদা। "ননাই ঐথোক্ত খংজরে,"
হায়না খুম্মি মবাইনা। পল্লমদরে অনিদো,
মযুম মায়কৈ পাংলকলে। তেংগোন তাক্তক্ কাইখরে॥
সুম্না তৌনরিঙৈদা, পাংগন শোনবী সঙাইদি,
খোয়ুম মাগী নোংদম্বা নাম্থোক্ত্না চৎথরে॥
খুগা নান্বী লানখরে। চিংখোং ম্নৌব মতমদা
লোইবী কাব-ঙমখিদ্রে। মথংলেনবু কৌতুনা—
"মাজ নংবু তাবরা! খোয়ুম মাগী নোংদম্বা
মনাও থবাই হিংলক্লে। থংলেন শক তি উদরে।
লোইবী কাব ঙমদরে। মনাও লৈতে হায়তুনা
লমদম তাম্ন চৎখ্রব্রা! লোইবী মাগী লোক্লুংদা
ননাও মৈম্বা শাবগী য়াইবী থাখরবরা!!
মাজ কৈদ লৈবগে?" হায়না কৌনা কপ্পুরে।

অমোম মখোন তাবদা লাব চেম্বোরক্লুনা,
অমোম অহু ওক্লুনা চৎমিন্নথি অনিদো !!
ময়াম তাক্লক চৎপ্রব' নোংবান মাবু চিংখুবা'
কৌসিন্দুনা হায়বকই—"মোংবান নংদি তোনপ্রবা,
জীব হায়হু ওইখরে ! —নুমাই ঐ ভমজহৌদ্রে।"
অহুম হায়না খুম্মরে। সঙাই লৈরমম্রবদা,—
"খম্বা ম্রসেন মবাইনা থাদোকপন্দি।" হায়নরে॥
জীব অমত ফাদ্রে। চিংখুবদো বাররক্লে,
কোয়ৌ মৈশা অহুনে খম্বী মৈগী মৈশানে
বাব-হুইজোল লাংখরে—লাইজ ইখৌ লাংখরে॥
অবাম তম্পাক য়ুমলোমদা লৈপ্রেনে লাংওন চংখোনবী !
পাযম মুংদা খুরমথি—"মোইরাং থাংজিং কোইরেল-লাই !
চিংউ নংনা কুবিয়ু। লাইয়রবগী হৈরাংদি,
হৈজিং পোৎতি অসিবু হৈরাং মচা অমতা,
লৈরাং মচেং অমতা শোকপিদ্রিদো ইপানা।
পান্মু কাদা খুংদোবা থংলেন কাদা য়োঁদোবা,
লৈরবদি হৈরাংসে চাহনবিয়ু নহান্না।
খুরমজরি নত্থুনা চিংউ নংনা কুবিয়ু !!"
খুরম্লগা থাদোইনা—"ঙসি হৈরাং পিজগে।"
খুল্লহুনা সেন্দুদা মুরা খুজিন তৌখরে॥
মমা ময়াম অহুদা ফাগি তৌবে খোইবীদো।
মনাই সেন্নু য়েংহুনা "ইতা সেন্নু অচানবী !
মুপী ওইনা পোকপসি মুংঙাইতেদা ইতারোই।
তোবুং শাদানবসিবু চংনিংইদা ঐহাক্তে !
পাবুংখোয়গী মহুৎতা ঐনা চংকদবনি
ঐনা নিপা ওইবদি। খুমন মচা কল্লি হায়;
চংনরোইদো ঐখোইদা মঙক শমহু পায়হুনা।"

সুম্ব তৌনা ঙাংদুনা বাচোই ফাগী তৌরকই।
বাপী লৈব মীগীগুম শিংথানকম্ লৈখিদে।
ঙাংই মখোই তানিংই। কাও ফাবম্বু তম্মকই,
লমজেন চেনবা তম্বনে চরৈ মতুপ অমনা,
নিংথম্ কোক হেক শেংচল্লি, কুম্মৈ ওইরে ইমুংদো।
মুংশিবদি মচা ওই—তুগী মথক অতুদা,
লৈমেরেল-লাংওন ওইবনে থোইবী মতৌ য়েংবদা
মমাশিংস্থ মনাইশিং অরৈ-মখোই থাদোইগী
নাক্ত ইকোয় কোয়শিল্লে লৈরে কুম্মৈ য়েংদুনা।”
মনাই সেন্থু কৌবিদা ইন্সিনখরে থোইবীনা,
নারোনহুদা সেন্নুনা মমাশিংগী কান্দগী
হৈরাং মখৈ থিদুনা লোইনা পুম্ হুন হুন্দোকখ্রে।
হৈকোন ফাওবা চংদুনা অপান’ ফাওবা য়ৈথরে।
হৈরাং মসুং অমতা তাখিদরে নুমিংতো॥
মমাতোন্দো ইমুংদা তফিং তফিং চেন্সিনখি,
মপাই বুংঙো চিংখুবই নিংথম শমজিম মজুবা,
চেম্মোরক্লে পুদুম্মা। মমোম থোইবী য়েংদুনা—
“ইমাইবেম্মা! সি-সেৎসি; কদায় সেংকে ইমাতোম॥—
থোইবী ইমা সেৎপিগে। ফীজেৎ সুদরবদি
মুংঙাইতেদো য়েংবদা॥” হায় শেৎপিরে মমানা।
তকৌ তকৌ চিংখৎলে লৈরেন কীগে খাংচেৎতো॥
লাংবন উচি খোইনদি ইকাইজবী খ্বাংদুদা
মুয়া খাংচেৎ থক-তুদা নিংথম্ চেংনা পুনখরে।
রেশম্ ফুরিৎ অসংবা খ্বাংদা কীজিল লোৎখরে॥
সনা হৈরু কাখরে থবাকতগী খ্বাং ফাওবা।
লুতুং তাবা শম্লাংনা নিপা শমুল পুনখরে।
অনি চাব খুজাইগুম শম্লাং খোইমু ওম্বনি॥

উয়েক শেক্তি নোইনিংখোই থেংলে শমজিল চিন্সিল্লে।
লুমাং তাব শম্নাংনে শাইনোন মথৈ অদুগা;
কাগৎখরে তুংলোমদা। মুন্না খম্বাল মানবীদো!
হান্না ফনেক চরৈনা চোঙ্গোন কুমজরম্বগী,
ঙৌগ ঙৌই মথক্তা চোমগী চংবী লাযোন-খোক
খুবোম মতা অদুনা অমুক হেন্না ঙৌরিবা।
ঙৌরোক ঙৌব খুবোমদা নিংখম ফিজিন অঙাংবা,
কৌরপ তারকপ'তুদি নোংথাংশিংনা লেপ্পগুম্!
লফু লেম্বা মাল্লবী কৈবোম তাবা অদুনে।
থবাক সনা চিংতুমনি পাম্বোম থম্বো হেবাল্নি।
ঙকশম খৌরী তাবমা মোইবুং খুংলৈ মথোননি,
তংত লিক্লি খুজাইনি। চিম্বান মথক মথাদো,
বারক্তগী তযানগুম তঙাং তঙাং নিংথিবা!
নাতোন মৃতা অদুনা থোইদিং মপান ঙমজবা।
মুবা নাপ্প অনিদি হান্না শাইনা কুপ্লম্বা,
সাইনোম্ হাইগৎখিবদা ঙসি ঙৌরুনবদা
সনাই কুন্দোব নাইম্না নাপ্পঙুদা লেংঙকপা,
লাইবক খেল্লে তাথ্রকপা ওকশাবীগী লাইবক্নি।
পিস্নুম্ অনি তাবকপা নৈগী লিকং ওইবনি।
থম্বান মনা মাল্লবী সজি মিংমৈ অমিনি।
শম্ব্র পোকপী লম্দম্গী ইচিক্ হুন্বা চেকয়াদা,
খদাং চেংনা লাক্লকপা। মুবা মাইথোং অদুবু—
নিনি পানবা থাজ ওই নৈরম্বদি মুবাদো
পূর্ণিমাবু ওইরকই শন্নাং হাইগৎখিবনা।।
মুন্না মাইথোং অদুবু ঙম্মক্তরে ম্নেংনবা।
লংথোং নৈন লংচাক্লুম চুম্ন ফব শাবম্লে,
য়েংউ য়েংউ মফমদা মিংফম হোংব যাদবা,

ফুরৈরেনদি খেং-কুম্বা, সংগাই মানা ইংপগুম
পাখোক্কবা শাবান্দো, কবি প্রমান তৌসিগে ॥
মমাশিংনা য়েংবাদ মিংত পিবু তাখরে,
"সিনা নিপা ওইরবা মুংঙাইনিদা ঐথোইদে।"
খল্লি মবুক মবুক্তা। "য়েংব গুম্মোই মুপীনা।
ফীজেং অতু সেৎপদা থাদোই মচা ইবেম্মা—
খরং হাইনু চেক্নে, কায়র-তোপ-খা য়েনগুমথে।
কোরৌ থকত পাইব চেক্লা চেক্লা মানা খোংবদা,
লৈতাং খরো লেম্ফবু লেম্ফু মরা তৎন চেক!
চেক্লা উমু কাকযেনদি—উমজখবে থাদোইদো!!
নিপা ওইবা মপোক্তা অতুগুম্বা শক-তবু,
থাজনদ্রে লৈরিনি অমুক সিংখিজববু।
হায়নফমদি লৈতবই হায়গদবা মঙাইদো—
লোক্ত হৌবা উচান্নি মনাপুংবা পামেল্লি।
কার্ত্তিক হায়বা লাই-তুনা তমজনফম ওইরক্লে॥
মমাশিংনা "ইবেম্মা! অমুক হনখো অসাইদো।
অওইবদি হান্দক্লি অসাইতুনা তম্বনি।
তেরো তৌবো!" হায়বদা মোমোন মোমোন্ নোক্তুনা;
মপাই সংগাই সুমাংদা চোংপোকখরে থোইবীনা॥
হান্না তৌরম্বতুদি ইয়োং শংগী কাদনি।
ইয়োং শংগী মাঙোন্দা ময়াম লোইনা থোরক্লে।
থাদোই মাবু য়েংবদা নুপী ওইনা উখিদ্রে।
সুম্না লাংনরিঙৈদা সেন্নু থবক লোইখরে।
কাক্তা লমজেন চেল্লক্লে থোইবী সুমাং মচিদই
মমা ময়াম লৈরিবা মায়কৈ দোমদা তমতুনা॥
ফজখরে ইবেম্মা! মমাশিংনা লাওবকই-
"খুমল 'বুংঙো চেল্লকউ।" তাকবদা থোইবীদো;

নোঙ্গ নোঙ্গ চেল্লকই। লেপ্লে অমুক হন্থক্লে।
অমুক তম্না চেল্লকই। নোংবান মতৌ তমমকই।
বাম্বু ইহায় হায়রুদে ময়াম বাবু নোকখরে।
নোংবান মতৌনি হায়বা হেকত-খংই য়েংবদা।
হুদৈ খোংজেন অম' মুক হোংই মানখ্রে খম্ববু॥
মমা তোম্না—"ইবুংঙো! মোংয়াই চেল্লু ইচেম্না,
খুমন্ য়োকচরকপগী লমন শিংঙো শাজোবা!!
ইচেম্না শ্যা-লমথাগে, খুমন ইবুংঙো চেল্লো॥"
লাওরে থোইবী য়েংহুনা। মজাইবেম্মা চেল্লক্লে।
চোংশিনখরে মমাদা মমাতোনগী শল্লাংদো
দারি থক্তা লেপইবা লুতুং লোমদা পুল্লিবা,
করম চোংখংখিবনো নংহৌদরে লৈথোকপা;
থাদোই মখুং অনিমা পাম্নখ্রে মমা চিংথুরে।
মমা তোম্পো জনুরিদা থরো কাংজ্রুম ওম্থরে।
ময়াম হোঁড়ুমা নোকলে।—"কৈনো কৈনো ইবেম্মা?"
মমাতোম্না—"ইবেম্মা করি লমজেন মচেন্নো।
শিরেদনা ইমাদে, কুম্মে য়েংবা লাল ওইরে॥"
করি বানো ইমাতোন! কুমশি কংলা লমজেন্দা
শাগী মচি থুদেকই তাদবরা ইমাবো!
তেকত্রিববা ইমাবো? হায়রে ময়াম নোকখরে॥
কাও ফানি হায়হুনা 'মুক—চোংথোকখরে স্থমাংদা।
মমাই সেন্নু চংলক্লে। লোইরে ঈঙ্গিৎ তৌনরে॥
মমাতোম্না "হাই সেন্নু! য়েংউ নহাই! খুল্লক্লোই,
খোংশাংবী! থিদা মাসে! কদায় লৈক্লম্নিবনো!!
কাও ফাদৌরি ইচানা।"—মুংঙাইরেদা ইমাতোন!—
"ফারো ফারো ইবেম্মা! উজহৌত্রদো' খোইদি।
চিংথবিন্নু!" হায়রগা, থোইবী মতৌ উবদা

নোক্লে সেনু শিমখৈ। "সেনু 'তুদি থোয়কউ,"
চিংথোকপিরে থোইবীনা। সেনু কাওবু শাহল্লে।
সেনু কৌবী ইবেম্মা থাদোই মাগা পাংখকনি।
থোয়ুম লাইগী মচানি। খাংচেৎ মচি-লাংখরে॥
"ঐবু ৱাইগে তাল্লুকো।" হায়রে থোইবী। নোক্পনা
খাংবা ঙমদ্রে ময়ামদো। অনিহুনা তৌনবা
পকৃচবনা চুখরে—লাইন তৌবা কুম্মেনি॥
সেনু মানা কাও শারে—ৱাইগে ভাল্লে থোইবীবু।
থাদোই চোংসিনখিহুনা সেনু মাগী শাইনোনগা
লমাং তাৰ-শমতুগা মুয়া মখুৎ অনিমা,
কাওরেন মচী পাযবগুম পায়খ্রে-মুমাং অতুদা॥
খুমন মান তৌবগুম কাওবেন থক্ত পোত্থাবা
তুগী মত্তৌ তমতুনা চোংখৎখরে ইবেম্মা
মনাই সেনুই মথক্তা। মিকুপ অমা লৈরগা
চোংথরক্লে থাদোইনা—তেবা পল্সাং য়োথ্রবা
লাইদিগোন্দা খুমম্না কাওবেন মাবু হাযখিবা,
ৱারম অহু তনতুনা মনাই সেনু যেংতুনা,
চিংনুং হাবি মাঞ্জৰী তায়া নায়ে খোনগুম্বী
নিংখিজবা সোবনা থাদোই মানা লাওরক্লে:—
"পান্থৌ 'ৱুংঙো নপাবি নাৱা ঐবু কাওরবোই!
নচন নতাও অনিবু নিংশিংবিয়ু ইপাম্না
পন্থৌ পোকপা ইপুদি নিংথি ঙারা পুংজোংবা,
ইবেন কোলোই অহুনা লাংঙমুৰী কৌই হায়।
পুরেম্বদি নতাওনা নিংথি লোইপোৎ থৌবদা,
পুরকই হায পন্থৌবু নিংথি ফজে হাযহুনা!
মপু মোইবাং নিংথৌগী তালোই তোম্বী ইবেম্মা!
ঙাম্বরেম কৌবিমা নুংশি মাগী ওইজগে,

নিজৈ মাগী ওইজৈ হায়। নিংথি মপুং য়াইদগী
পুরকপগী অহুগা, পলেম নচম মহাক্না
প্যামজৈহেদি হায়বনে—পম্পৌ কুচু ঙাংবনে।
‘ঙাংব-নিংথি-পাম্মোবা’ পম্পৌ কোলোয় খোল্লি হায়
মপু মোইরাং নিংথৌনা তেঁাবুংদা শা তানবদা
পাম্ব মঙা পুল্লগ্না চোংসিল্লকপা মতমদা,
মপু খবাই কনথি হায় পাম্ব মঙা হাংতুনা॥
পেনগ্রহনা মপুনা মমোম পিগে ৱাশকই !!
খোয়ুম নোংদম থিবনা খুরক সনা তাংবুম্-ঈ,
মমোম শাংতরবদা পিনিংবনা খুহুম-চল্;
ৱাগ্রবদা নিংথৌনা মচল্ লৈম-ইবেম্মা!
ঙাঙ্খরৈমা ইমাবু-নিংথৌ তালোই তোম্বীবু!
নতাও কাদ থাবি হায়! পলেম পম্পৌ অনিনি
পুবেল ‘ঙাঙ্খরৈমদি, নোংগাগ্রবা তুংহুদা.
কেগে লৈপাক অহুদা লমজা সরা ওইহৌরে,
পারি মমোম অনিদি হুন্ন য়েংবা উদরে॥
মোইরাং যুমথোং খুদিংদা কোয়না চাকনি ফিনিরে।
কোনবিনবা লৈতরে মতমহুদা পম্পৌনা.
কোনবি হাযদো ইপানা; পারি নমোম অনিগী
অৱা’ মৈনা হেঞ্জিল্লক, য়েংবা ঙমদ্রে ইপানা।
পায়ম-ফব ইপানা নচা লমজা অনিবু
য়েংব ঙম্মক্ত্রবদা চংখি হায়দো ইপাদি॥—
নোংয়াই চাখা ঙম্বগী পুরেম্বদি মপারি,
ঙাঙ্খরৈমা ইমাবু, লমজা খম্ন্ লাইরবী,
খম্ব ইচিন ইপাবু! পম্পৌ! কাওবিরবরা !!”
হাযরকপদা ইবেম্ম! পম্পৌ স্নমাং অহুদা,
মথংলেনগী ৱাফমহু খল্লুবদা থাদোইদো।

খমোই পুব য়াদরে। মিংন্না থম্বাল লকাদো
পিনা পুমথুম থুমখরে হিক্ল হিক্ল কপখরে॥
নূরা কাগি ওইখিদ্রে চাননমক্ য়াক্লরে॥
মমা ময়াম মনাইশিং ময়ামতুন্সু কপখরে,
খুমন মাগী খন্‌বদে থাদোই মতৌ উবনে,
সুংশিখরে ময়ামদো ফাগিদগী চানরে।
ঙাহাক কপ্লরুমগা, সেন্মু মান্ম কপউরে।
সেন্মু হৌগৎচখরে—"ইকোপকী কাঙদো মাংগ্রে"
হায়রে সেন্মু চংলক্লে। মপি কংদে ময়ামদো,
মোমোন্‌ মোমোন নোক্লরে। ইকাইজরে থোইবীদো।
"ঙসি খম্বা অসিদি কপকন্‌খ্রেদা করিনো।"
হায় লংনৈ মমাতোন্না নোকই য়াঙাং খুদিংগী
ময়াম সুম্না লৈনরি অয়াম তম্পাক য়ুমলোমদা॥
ত্তোবুং লোমদা চিংখুবা শাদানবদা শা 'মতা
ফাথিদরে মুমিৎসি। প্রজা অয়াম্ব কায়খ্রে,
অঙম অথৌ অয়াম্বা য়ুবরাজ হল্লক্লে।
লমথাংতুদা চিংখুবা হৈ চানিংঙকপতুনা,
কোয়ঙ্গং কোইয়েং য়েংঙকই—মথোং থাংবা ঙম্মক্তে।
মোইরাং লমজাও অতুদা মীনা চুপথোকখিবগী
তারিবা মরু তুফাও মীতাখরে য়ুব্রাজ।
হৈ চাগে হায়রকপদা লমথাংদা হৈ ফংখিদ্রে॥
একাদশী তৌদবা মীনা নোংম তৌরুবা
তুদা লাম্ব-চাকলাম্বু শরুক চাম্না হেনখরে।
হৈ হৈ হায়না সোর হোল্লে, চাকখ্রে প্রান থাগদৌরে।
লাংগোই করন ফুতুনা সংগাই ভাম্না থৌরক্লে।
সগোন্দগী কুমথদ্রি হৈহৈ হায়না লাওরকই,
হোজংদগী ময়ামদো চেম্বোক্লরে "করিনো?"

হংনবদা চিংখুবা—“হৈন হাই হৈন হাই” হায়।
ময়াম অচু ঙকথরে—শন চংবরা য়েংনরে।
সগোল্দগী চোংথরে “হৈন হায়” হায়বদনা,
নোংখাকপচু মঙাইবে। বামা ঙাংবা য়াদরে।
ঙাওরমান্নে হায়চুনা ময়াম অচু ঙক্নরে।
চিংখুবনা:—“করিনো! ঐবু ঙাওবোই নিংবরা?
হৈ চাগে হায়বমিনে। হৈ পুরকউ থিল্লেনে।”
ভাবভারে চুদদা। মমাশিংনা থিবদা,
মাগী মাগী কাদগী হৈকোন ফাওবা য়েংবদা
ফংখিদরে অমতা মপুং মচেৎ অমফাও।
চিংখুবদি য়ারক্তে—মমাশিংনা মৈ হৌবে।
“থিরুখিগে” হায়জরে মমাশিংনা, চিংখুবা—
“নহানগী হৈয়ামচুদি? হৈজিংগীমে হৈচুবো?—
লৈত্রে—ঙাইবা ঙম্মরোই।” ঙাইবা ঙমদ্রে চিংখুবা।
মজাইবেম্মা থোইবীদি চিংউ থাংজিং থাগোইনৈ,
খুমন মাগী হৈজিং হৈ সলাং মপুং য়াইদগী
নিংথিজবা হৈরাংদো ঙাইরি হৈচু থোক্নুনা।
মমাশিংবু মৈরকতা হুপ্পিল্লম্মে অচুগা,
চিংখুবনা মচাদা—“ইপাইবেম্মা লৈতরা!
ইচাই হৈকা লৈত্রবো? ইপা লৈব য়াদরে।—
ইপাইবুংঙো হৈরাং-লৈ।—থোইবী থিল্লে পুরকও।—
মহি ওইনা হাবিয়ু, মপুম্নদি পম্বৌবু,
হাবিবদা মুংঙাইরোই, ঙাইক্তদি পনবীরো।”
হায়রল্লগা থোইবীনা, লাইজ মাগা লোইননা,
চিনি তম্না হাপথরে। মরু লোইনা লৌখোক্লে।
তাংনাইদবী খুৎতুনা হৈরাং অচু নোইখাইরে।
মোরোক মিংশিং নাশিংবী থুমগা তম্না হাপচিল্লে।

সানা থারে থাদোইনা মপং মথৈ চুমথোকই ॥
ঙাইওমদরে চিংখুব—"পুরক্ং লিম্ন-ঙাঙ্গবী।
ইপাইবেম্মা লোইত্রিবো ?—ইপাইবুংঙো পুরক্লে।"
হায়রে থাদোই পুরক্লে।" পুরকপদা থোইবীনা;
হৈরাং অহু য়েংবদা চিংখুবনা—"ইবেম্মা!
ইশিং লনে অসিবো ?—ইপাইবুংঙো হৈরাংনি।
হৈরো থোইবী।" হায়দুনা চিংখুবগী চিন-তুনা
কোরৌ পাংনা লোংখৎলে। মজাইবেম্মা থোইবীনা—
লুপা চাইসেন পায়দুনা পম্বো চিন্দি অতুদা,
হৈথরক্লে হৈ অদো। ওরো ওরো গ্র-গর
লোইবে চাইসেন অতুমা। মিহুন মফম তাখরে ॥
মজাইবেম্মা হন্দোক্লে—মপাইবুংঙো চিংখুবা,
হুম্-হুম্ হুম্ হায়না হম্বরে। মাইবা মাইবী তাম্বোক্লে।
হান্নদি মতা মনি হায়না ময়াম তিল্লুরে।
মাইবশিংনা, "অনাবা ফৰে তিল্লি লাইরীবু
থৎলসীদো য়ারনি।" হায়না জবাব তৌরকই ॥
মজাইবেম্মা থোইবীনা—"ঐনা—থৎকদবনি,
ইপুথোইগী নত্তেদো" হায়রে। মপাইবুংঙোনা—
"ইপাইবেম্মা পোৎচংদি কন্না যাঙ্কনগমুকো।—
ইপাইবুংঙো য়ামদেদা।—ইপা' ঙমজগদোবা
খব যেংনা হাযবিধ্ করি কারি চংগনি।—
মরিং নাইদি অহুম্নে, ফৌবোৎ তরা মঙাগা,
ফীবোই ফীঙাম চংগনি ইপাইবুংঙো অসিনি।"
পুথোরকউ হায়দুনা পিবে থাদোই মচাদা
হরাওনরে নুংঙাইরে কুম্মৈ ওইবে মতাংদো ॥
অচৌবগী হৌনবা হরাওবনা কুমৈনি।
শাওরক্লগা লান-ঙাক্লি। কুম্মৈ ওইরে তম্পাকয়ুম।

চিংথুবনা—"ইবেম্মা! হাওখ্রেদা ঙসি হৈসে।
মরু হুন্দোকখ্রবরা, করি হৈনো ইবেম্মা?—
ইপাইবুংঙো হাওখরে, হৈরাং কোলোই মকাও-হৈ
কৌই ইপা ইবুংঙো।—ইবেম্মা কদায় পাল্লি?
কদায়দগী লৌক্লই?—কনাগুম্বা অমনা
পিবিরমই, হৈরাংসি তাকপিরমই মমিংস্থু।।
ইপাই হৈকোন ওইরগে। ইপা উরোং থাগেনে।।
যারোই ইপা ইবুংঙো থাংজিং হায়বা লাইমরা,
ঙমগনি হায়বা উদে হৈকম অসি পম্থোবু।।
করি হায়না কবিগী কয়া থাপখবহুনা?--
থাপ্লগীদি কয়াস্থ থাপ্প নত্তে —কদায়দা?
তাক্ত তাকউ ইপাদা!!—ইপাইবুংঙো হৈরাংসি
সলাং থেম্বুং য়াইহুদা পাল্লি হায় য়াম্না হোংনা।।
নংদি করম্ লৌকবি খুমন হৈজিং হৈরা-হা?
মানি পম্বো ইবুংঙো! মতোয়না য়োং অসিগা—
ঐগী বাশক্পু থোইবী! থুগাইরেদকো নংনা।।
হৈহু করিগী নংনা পিজবগে ঐঙোন্দা?—
পম্বো' হাগে হায়বিখি। চানিংদবা লুপাম্থোং,
য়েংনিংদবা মিৎলংখন্ কনায় হৈবু থম্মুনি।
চানিং' চিত্তা থমোন হৈ, চিন্নিং' য়োইথোম লৈগুম্বা
অত্নম্বদা থম্বনি, অতৈ হৈদি নমোম্গী
লৈজদেদো অতুম্বা অবৈববু কৎপনি।।—
'হবু করিগী পিজে?—হাগে হায়বিখিবগী!
হুম্বা হৈতা হান্নিংদে তাকপিদেদো হান্নদি।
খংজদবৈ নচানা কংখ্রে কম্দি তৌগনি।
ইমা খোইনা তৌবনি স্নম্বা হৈতা অহুদি
হাদে হায়বা তাকপিদে। ঐদি অতৈ লৈজদে।।

চারোই মংগী হৈহৃদি শিংবিগনি হৌজিকমক।—
পম্মো ইবুংঙো ফনি।—থোইবী হৈশিঙ কয়ানো?
ইপাইবুংঙো চহুম্নি।—শিংবিগনি।—শিংবিয়ু।—
শিংগনি চাইসেন চাইসেন থুরকউ হৈ ওথোক্কে।"
সেম্নু চাইসেন থাংজিল্লি। চিংখুবনা সেম্নদা—
"কদায় চাইসেন ওথোক্কে শিংগে মাগী—হৈ অত্থু।—
শিংদনা শিংবিরদি মশিং ফানা শিংবিরো।
মরোং ওইনা শিংবিয়ু, মপুম ওইনা ওবিয়ু।।"
মজাইবেম্মা শাওনিংই শোম্থাংননা খুম্মকই।।
শাওগ্রত্থনা চিংখুবা ওথোক্কেমক নিংখরে।
ওগে হায়না তৌবদা য়াখিদরে ওবদো।
খুদোম্বীনা তেংখন্ ফাপ, চুদৈম্নু মুক হেম্মরে,
ওৎলে থৌনাও অত্থদা ওগে হায়বা য়াদরে।।
থোইবী মাগী হৈরাংদো খোয়ুম লাইনা লোংখরে,
লুদ য়াংদা চংখরে হাওমন্ বনে হৈরাংদো।
ওবা ঙমদ্রে চিংখুবা মুংঙাইজবা থৈখরে।
মমাক মীরাই হায়বগী মমাক কাওই খন্দুম্না
মকাও হৈনি হায়বোইয়ে চিংখুবা ভাব-সি তারে।
মজাই-বেম্মা য়েংত্থনা-"ইপাইবেম্মা থোইবী নং,
ঙসি ইপাউ পিজবা হৈরাংসিগী মমিংবু,
মকাও হৈনি হায়বসে হায়রগম্নু ইবেম্মা! -
ননাই ঐ অমুক হন্না হায়জনরোই পাবুংদা।
হায়জখরে থোইবীনা। মুংঙাইখিদ্রে চিংখুবা!!
"খুমন মচা সিতবু হাৎকে মানা তৌবনি।
নুমা ইমোম থোইবীবু ঙাওহনবসি মাননি।"
নিংদ্রে চিংখুবা লেপদ্রে—তুম্ব হিপ্প য়াখিদ্রে।।

# শমু - খোং

১

"লাকচপ্রেদা ঐসিবু খুমন মচা অসিনা,
মাগী চক্রি মকুনা খৌদোক খৌদোক খুদিংদা
ঐনা থঙেঙ চোপ্পদা। পোকচৈ হায়হু মঙাইরে।
অরেম্বদা তারেদো। পোকচনবগী কানদ্রে!
ইমোম ইচা খোইবীবু ঙাওহনবনি মাতনা
মোইরাং হায়বা লৈপাকতা পাল্লি য়াম্নুং নিংথৌনা
যুবরাজনি মনাওনি চিংখুবদি ঐহাক্না।
ঐগুম্বনা মী অমা হাংতোকপদা কৈদৌনি!
কনায় মতিক লৈহুনা থিরগনি ঐঙোন্দা!
হাংকে সৈত, লৈপ্রম্নোই কেগে হায়বা অসিদা!
মাবু হাংতরবদি নোংবান মাগা তানগে,
মহাং কৈদা হাংসিবা।" খনপ্রে যুবরাজনা।
উকায় কাপ্প হাক্তক্তে হুগি পাম্বী থাখিবা
এম্নিং হুনখি হৈজিংদা তম্না মাপুং ফাখরে
কালেন হায়বা থ।হুদা, থাবুম তরা সুবদা
ফাইরেন হায়বা থাজদা হুগী মহৈ মুম্নকই।
পাম্খৎলকপা থাজগী পূর্ণিমাদি হয়েংদা,
অঙোম নোংবান কৌখরে থুপ্প মনাই থাহুনা।
সগোন সংগী নম্নোন্দা উনখরে অনিদো।—
তয়ুম নোংবান উবরা, ঐনা মুংঙাইত্রিবসে।
অজ্জা! য়েংউদবসে হকচাংসে চ'দ্রে থক্তে;
কুইরেদকো কোংয়ানবা নংদি কাওরবোই, ঐদিনে
মুংঙাইখিদবনা মুমদাং হায়ব। জাং অসি,
ইশিং কাওবা য়োংখিদ্রে থাবুম তরা মুরক্লে।

অতৈ ৱারম কাম্নদে ঐগী ইচা অসিবু,
লৌখিদ্রা লৌররোইদ্রা ?—করি ৱানো ! ননাই ঐ
সনা চোয়োনগী মনাই, হায়ে নোংবান অহুনি।
ঐনা হৈজিং পুজরে অয়ুক পুংলুপ চংবদা,
খম্বনা মুক পুখরে নুংথিম ওইমা, মাসিমি॥
নমাই শিব ঙমদবৈ লৈজবনি কৈদৌনি।--
ইচাবুদি পাম্মিব্রা লৌখিনিকো নোংবান নং ?—
মপু সনা চোয়োন্দা করি হংগংলসিগে।
থক্তা থোকপা থাজবু ফংজবদি ঐহাক্না
নোবান ঐগী লোইজরে। ননাই ঐদি শিরগে
লিংজবদা থাংজিংনা শিফম পিবিদবগী
লৈবনি মজাইবেম্মা নুরা মশুং লাংগীনা ॥—
নং লেপ্লেকো কোংয়ানবা ?—ননাই লেংদ্রে ইবুংঙো !—
খম্বা হাংলসি নোংবাম, খুমন মচা হাংতানা,
ইচা লৌবদি নোংবান ! কৈদৌঙৈদা ওইরবোই।
নোংয়াই মচা মহাক্না কেগে লৈপাক অম্দা,
লৈরবা 'সুম হিংহুনা ঐগী থবাই অসিমা
ইংথ্রোইদো সেলুংবা ! ঐসু পুরিং ৱাইশংগে,
থাদোই লৌজো মহাক্না, নং ঐ তানরহুনা,
খম্বা হাংসি কম্দৌই ? - মাহুদি ঐদি নহাম
চহি মঙাই মমাংদা হংগংনিংনা লৈরম্মে।
সনা চেয়োম্ভনবু লেপ্লিরবা, তৌজগে,
নোংবান ঐগী ইভিকনি। সুম তৌজো হায়বহুতা
সনা য়াথং তাকপিরো।—হুনি নোংবান সেপুংবা !
মতম অমুক কুইবসি থাংঙম্ই-বোইকো নংদে !
-ঙমথ্রেদকো নং অসে ! 'খোইদি মাহু নক্তে !
লিংজকপগু হায়বগা, তৌবগা। থিল্লে নোংবান !

হয়েং সুমদাং অথেংবা অহিং মমৈ ওইবদা
দোলাই-পাবা থাগনি ঐনা কৌথৎকে মাবু।
নংনা খোরি কৈথেন্দা লৈয়ু তুমিন ঙাইহনা।
মাদি মদোম লাক্কনি। 'নংনা কিয়বা অমা,
থবাই মাংনিংঙ্গ্রবদি, নিংথৌ মচা থাদোকও'
হায়ু নোংবান চাওথোক্লা। মাহুদা য়াত্রবদি—
ফু খুৎলিংহনা নং। চুম্ব ফুয়োইদবনি,
মথবাইদা হেক-থাকউ। নংনা হাৎপদি য়াদে।
অমা হাৎল-কৌবদি 'মস্থু হাৎলু হায়মনি।
হাৎপদি ঐনা হাৎকে। ঐদি ফনা হায়নস্থু'
নিংথৌ ওইরি 'য়াম্বমা। নংগা ঐগা মান্নদে।
নং চৎলো খিন্ব য়াদে। চেকসিল্লুকো সেল্লুংবা!
"নাকোং তরুক সুকদে।" তানথরে অনিদো।
খুৎনা স্বর্গ ফংবগুম সুংঙাই নোংবান, লাংথরে॥
ময়ুম হেক্ত য়োৌবদা নিপা নিফু মঙাথক্
বার্তোন তেরে নোংবাম্না চাক থাংথরে নোংবান।
চাক-তু চারে, তোক্লবা মতম তুদা ময়াম্না—
"অঙোম নিংথৌ মপারি, খুরাই লৈম-মনুং য়াই,
করিগীনো বাকমদি হায়ব্রি নংনা ঐথোইদা!
নঙা নচাক চাবেদো, উয়ান শিংয়ান করম্বা,
হায়ু তাসি।" হায়রক্লে। নোংবান মানা—"য়াম্বশিং
য়াম্ন চুমই তাকপিবা! হয়েং সুমদাং অসিদা
য়ুরেনজমগী ইতাওগা করিগুম্বা অমতং
তৌনব তারি ঐগা, কেনা কেনি অমতং
তৌনথরে হুনবি। শিংয়ান ইকান নৎচদে।
মাগী মীনা মশিংহু হেলামদি ঐহাকপু
ঐগী কনা লৈজদে ঐগী মীচং ওইবিয়ু॥"

হায়জরকই নোংবান্না। ময়াম মরু লুরুরে
খুমদে ময়াম পল্লকই—। নোংবান মানা "করিনো!
ঐগী পানা মচানি অঙোম ইঙ্গ ওইবগী
কৈরোই নৈকাই ওইবতা হায়জবনি ঐহাক্লা।
অহুক বানা খনবিবা তৌবিগনু ঐহাকপু!
মুংশিবিয়ু কৈদ্রোগে!" ঙক্ত ফীবু য়েংতুনা
খুরুমকই নোংবান্না! ময়াম তুনা "সেলুংবা!
চাক্লরে 'হু মঙাইরে য়াওরে, ফারে।" হায়খরে॥
ইনুং ঙানবা পূর্ণিমা মুমিং সিগী অহিংহু
লালওং শিল্লে নোংবান্না। মুমিং তাত্রিদৈগী
নিপা নিফু মঙানে অঙোম মচা নোংবান্নে,
চাখ থকপা লে'ইখরে। অহিং তাংলৌ অথেংবা
হুইচিক্ এনচিক খোমস্নু তাত্রবা থেংলবদা,
কেগে খোরি কৈথেন্দি মোইরাং থাংমাই কৈপেল-লেন,
লাইহিদেনগী চেক-য়াদা, চবৈ মুস্নুম ফী'মদি
ফীরু খুম্ন ইন্দুনা মখুৎ চাবা য়োথোক 'মা,
নোংবান পায়রে ফনতুম্না নৈবে ঙাইরে খম্ববু॥
নিপা নিফু মঙাদি পাৎথি কোমখি ওইবদা
থুপখ্রে ময়াম অহুম্নু, মাগী মাগী খুৎলাই পায়॥
চিংখুবদি মুমিংসি চবৈ 'হনবা শেৎভনা,
অহনবা ফমুং থারে, হিপখিদরে ফম্‌জাওদা।
"ঐগী ইনাক অসিদা মমাশিংস্নু অতৈস্নু,
ইচা ইমাই অমতা চৎলক্নু শোকনু।
নিন খোংবস্নু তৌফদে ঙসি ইনুং শোইবসি
করিগুম্বা লাই অমা খুরমগনি ঐহাক্লা॥"
হায়খি চিংখুবা হিপখ্রে। ইনুং মমৈ ওইখরে,
পুং অহুমদা মঙাইরে ইনুং ঙানগদৌবসি!

হৌগৎখরে চিংথুবা। দোলাই পাব লোইশংদা
চংখ্রে—"কনা কনা নৈ?" চিক্লদি হৌদোকখরে।
নিপা তরেং নৈরমই—"নমাই ঐথোই তরেং—নৈ।
চিংখুবনা—"থোরকউ নিপা অনিদং থিল্লে।
চংলু খম্ব কৌখৎলু। লাকউ খোঝি কথেল্ লোম্
পুরক্লসু অসোম্নদা। মচিন মৌপা অনিনা
অহিংনিনা হাযত্নুনা হংলমগনি মরম্সু।—
মরম্ কাক্তা তোবুংদা শামু লমশা তাহ্নুনা,
হাওগী পাম্, খুন্ থুগাইরে। যুবরাজ কৌখৎলে,
মপু সনা য়াথংনা চংলু হাযরে মনাওবু।
হাওখুন মযেং তারগা নিংথৌ লোইপোৎ মাংগনি।
চৎত-যাদে হায়ত্নুনা অমুক চংখ্রে অতৈদি।
অহিং লাক্কে হাযত্নুনা যুবরাজ নৈহৌরে।
অকনবা লোইনগনি। খম্বা নোংবান অমিদি
চংমিন্নবি হায়রি থবাই কন্‌বা খম্বনি।
হান্দক তোবুংগীদসু খম্ব মানা কনবনি।
থোইনা অমুক থাজরে। হান্দক্কী সিদি যাম্রে
সুকযাও য়াওদব হায়। কেগে খোঝি কথেন্দা
লেংথোক্কুনা ঙাইহৌরি। মমাংচৈগী তম্গনু
মুংঙাইতবা তৌরসু থুনা যাংনা কারকউ।
থিল্লে। হায়ক নহোয 'নি।" হায়বে সনা য়াথংদো॥
দোলাই পাবা অনিত্নু মপু য়াথং ওইবগী
থিন্দে প্র-প্রপ কুমমকই, মপুক্লিং চিংনরে।
চিংনৈ হায়ত্নু মঙাইজৈ চেংগৈ পন্দোন য়েৌখরে।
চিংখুবনা "ঙসিদি অহানবদা নোংবান্না,
য়ৈরস্নু তু-মখৈ। লোইফাংতবা থবাইত্নু,
মোইরাং খোঝি কথেন্দা শামু খোংদা পস্নুনা,

কারন. সোম-লাক্নুনা চিংগে কথেন ময়াইদা।
ওসি লোইগে 'খম্বসি খম্ব-ঙাইরে চিংখুবা॥
ইম্নুং ভাঙ্গা সিমক্তা মুংঙাইত্তরে খম্ব্দো।
তুম্মঘদৈ হৌগংলে। ইম্নুং থাংমৈ থাংগংলে।
মত্থু নিংথৌ খম্বনা তুমজম্বিবা কাহুদা,
চংজখরে লাইরবী। কাংখন খরাক লৈনা-হু
হাইগত্তুনা য়েংউরে।—"খুমন নংদি তুম্মিবোই
নিংঙাইদানা শাজোবা! ব্রারেদকো ইচেমদে!—
হৌদোকসিরা ইপ্‌বাবু! ঐগী মঙ্‌সি লীসিরা!!"
খঙ্গরকই খয়্না। অবাবনা হেল্লকই ;
হৌদোক্লগে হায়হুনা নামীরবা খোম্ফম্না
খম্ব মাহ্ হৌদোক্লেঃ 'ইচেমগীদি ইবুংঙো!
নোংয়াই মীকপ থোক ওনা।" হায়রুবদা খম্বদো,
মচেম থোন্দু ভারকই। মমিৎ অনি পাংলকই,
খম্বাল-লকা ওমজনা—"ইচেম্মান! নোংঙাম্লব্রা—
ভান্দে। কৈদৌরবগে? ইচেম মঙ. লিংগ তোলেন!
ইম্নুং ভানবা ঙাইরব্রোই।—করি মঙ্‌নোনে ইচে?—
খুমন! ইচেমগী মঙ্‌সে! তোলেন ব্রাইদা ইচেমদি!
পলেম পম্হৌ অনিনা নোংগারমন্দায় অহুদা.
মঙ্‌খি ইচেম মঙ্‌ অসি। করি থোক্লয়গবা!
ইচেম্ ব্রাইনে ইবুংঙো!! ভাসি ইচে লীবিয়ু!!—
তোলেন নংনা পিক্লিঙৈ পলেম পম্হৌ অনিদি
কায়নরবা মভুংনি। খুমন নংবু ইচেম্না,
মমু থক্তা পোত্থুনা লৈকাই খোম্নাং ভাংজবা,
মতম হুমমুক ওইনদি তৌই। খুমন ইচেম্না,
তোলেন নংবু পোত্থুনা হঙ্গরকই ইয়ুমদা।
খুন্দিন্‌বীগীনা লুয়োং লাইথবানগীন লমথম্.

য়ৌরকপদা ইবুংঙো! খা নোংলাও খিবগীম্থ্ৰ
থাকপ লাওবস্থ লৈতে। ইহাং হাংই নোংদোম্স্‌।
নোংচুপ লোমদা ঙু্‌ং-লাওই। কৈনো হায়না ইচেম্মা
য়েংউবদা, থাংজিংগী চিংঙ্গাও লম্মাই হাম্‌জীগী
অরাং থংবা কক্তুনা পাইশিল্লকই ঐথোইদা॥
চিং অহুবু য়েংবদা, ইচিন ইপ্‌া অনিবু,
নন্‌গে হায়বা মতাহু উরবদা ইচেম্মা—
লোইবী নংবু হায়দুনা হায়জরমই য়াবিদ্রে।
ননব-তারে হায়দুনা তোলেন নংবু পোদুনা,
চিংমাং থানা চেনববু রারমইদা ইচেম্মা।
ইচিন ইপ্‌া চেনবদো, হোজং লৈন শারিবা
নোংয়াই লাইর শংসিবু য়ৌগদবা লমদম্মা
পরিমুক্তা মতাইরে। শাজৌ নংদি থংদেদো
পাথংথরে ইচেমদি—হাযনা হায়না চিংহুবু
নকসিল্লক্লে লম্‌দম্‌তু। তাঙ্গাহুদা ইচেমগী
খুমন নংবু পোরিবা নাহোং থারি নাম্বোকপ্রে।
নোংয়াই লোংন-তাহৌরে তোলেন খুনগে তৌবদা
লোইবী মানা ননথরে।- পৃথি খুজিন্না হোংলে
খুতুম লৈদা ফুদুনা খুরক লকা নোইদুনা,
থরো কাংক্রুম ওল্লুরে কপই নোংয়াই ইচেম্মা।
ঐবুস্থ লোইবি নল্লো হায়না হায়জৈ নলবিদ্রে।
খচেম্মা কপ্লিডৈদা সম্মাং কোইহৌ নিংথিবা
ইরম মোইরাং লমদমগী গুন্‌ লৈরবা মিপানি
লম্খোইব'ম লাকপিরে। হংই মামা ইচেমদা,
পাংগন সোনবী নচেম্মা খুমন কপ্প পাও-দম্মি।
'নংদি লাইনি, ইপ্‌াগী লমজা থরাই' কমবিমু।'
হায়জরুমে মঙোন্দা। 'ফরে মুংশা থিরুমু।'

খাম্বি মানা ইচেম্বু। মচিন অহুম কাংলবা
তা অমগা পায়রকই—ইরেম চংসিনখিহ্নবা—
"লোইবী নংবু হৌনদে। হায়রকই। খুৎতৈ তাহ্নুনা,
লোইবী থক্ত য়ৈসিল্লি। কাংখৎতুনা লোইবীদো
খুমন নংবু চিংথোকপি। য়াম্বয়ম্লে নাৱাদি;
খুমন নত্তৌ উবদা ঐদি মাংঙে হায়হ্নবা
চোংলবদা ইবুংঙো! মুংশা থিম্নু ঙিংগনি৷
খাম্বি অমুক নচেম্বু। লম্বোইবনা নাৱাবু
মল্ল থিংগাম্বরুবে। সোর তুনা ফংবদা
অঙাং হুঙঙা মীকপ-খোন খুমন নংবু তম্মকই।
ইচেম্মা মুক্ পোত্নুনা পুজরকই নহাকপু,
লাইর শংদা থুংব্রিতৈ মীকপ থোকই ইচেম্বু!!
ইচেম্মান মঙ, অসি খুন্বা ঙমদ্রে ঐদি,
মঙলাক হারাক্লগেদি তৌবা ওইবমগনিদা॥—
মাহ্নু ওইসন্নু তোলেন। তৌবদি অহুঙৈদা
ইচেমগী মঙসি মঙথি মাহুদা পলেম পম্বৌ
অনিবু যাত্রা ওইখি; খুমন ইবুংঙো নংবু,
চরৈ মানা তৌবঙম থমজগেকো ইচেম্মা।
তরানি মঙানি 'সি কেগে চৈবাপ কাখিন্নু৷
থাংগ লৈকায কোইখিন্নু॥ নোংয়াই তাওকো ইচেমদা—
"অহুঙৈদা মোইরাংদা হেঙ্গু নহা কৌবদো,
মবনাই-মনেম মচা লাইরৌ লেম্বী কৌবিগা
হৈরাং লোনচংনবদা পাখং পোকপী মমানা
চংথোকম্নু খাম্ববু লৌকুমরে পাখংদো॥
ইমুং অথেংবহুদা মুবা নাক্ত চৎপদা,
সরোই হুমকুমাথোই খুম্জিনবীদা থেংনরে।
লাইয়াম তুনা মহাকপু তাম্নবদা পাখংদো,

নুরাই মায়কৈ অদোম্না নক্লে, চেল্লে অদোমদা।
পাখং চেল্লিকপনা সুমাং মতোন য়েঁাবদা,
নুরাই-বেম্মা থোং-হাংউ লাওরকপদা মুজাদো
মঙ, ওই হাওই তারকই থংলেন খোম্ফম মাল্লিদি
নূরা খল্লে মবুক্তা—মখংহূদি লাইয়াম্না,
হাঞ্জিল্লক্লে মতমদো। জুরিদগী মাংগোম্দা
চোংখৎচগে তৌবদা তুংলোমদগী লাইশিংনা
পাখং শয়াং অশাংবা পায়গ্রে লোংমা চিংথরে!
লাইয়ৌ রেম্বী নূরানা খোম্ফম অমুক অশেংবা
তাজৈ মতুং তাখিদে। নূরা মাগী মথংলেন
হেজুনহা কৌবদি লাইনা য়াইবি লোখরে।
নূরা নিঙম্‌দহনা পাখং মাগী খোম্ফম্না
লকা মুংদা চ্‌বগী ইমুং অথেংবহূদা
খোংগী নাত্তে কাংখরে। মীচিক মখোন তাত্রবা
থাজ মঙান হূনদি লুপা মচু মানবদা
পামেল লশিং পাম্বিদই লৈরাং লশিং শিংহূনা
মলেম খক্ত কেনবগুম মথং লেন্দো জুরিদা
লোংনা-তান লৈরম্মে। মথংলেনবু, ইবুংঙো!
কৈরা থক্তা কোন্দুনা নূরা কপখি থাখরে,
নূরা ওইবী মহাকম্‌ মথং লেনগী তুংইনখি
মাংমিয়খি অনিদো। খুমন চৎথোক্লগনু।"
হায়না থাম্মি মঙলীরি। মতম অদু মোইরাংগী
দোলাই পাব অম্নিদো খুমন নাংগোন কাবক্লে।
খুমন চমু খম্বগী লিয়িবদি মঙহূমু,
মোপ্‌াহূদা ঙাংইবা—পুয়মক্ত্‌ তায়ম্মে।
দোলাই পাবা অনিহু—মঙ-হূগা ঙাবহূদা,
লাকইবদি খোংকয়ে খম্ব মাগীদমক্তা

মরক-তুদা রাখয়ে। "চুমথরেদা করম্নো!"
খল্লি মবুক মবুক্তা। "উয়ান শিংয়ান-চৎথি
লৈরমদরে হায়রসি পূরম্লুসি খম্বসি;"
হায়রে নিপা অমনা। দোলাই পাব অমদি
খুংথা পানা ওইরম্মে। নিপা হুনা "ংজরোই
হায়নি ঐদি অশেংবা। হীঃ করিনো রাহুদে,
ময়োন্দি' খোইস্নু খুংদে, থৌদোদবু হায়বনি।
ইচা পোকপা মশেম্নি রাগীদবু হায়বনি।
চিংখুন তিমরবদি চিংখুবনা ঐখোইবু
হাৎকে হায়নি শোইদানা। নংনা য়াত্র'দি করে
পুবাইহু মঙাইদনা।" হায়রে ঙমত্রে নিপাদো।
কৌরে নিপা অহুনা "খুমন চম্নু অবেম্বী!
মোংয়াই চম্নু তাবরা? হৌবো মীকপ থোক্তিত্রা,
থোংজি নাতৈ কাংউদো।" হায়রে মাহু তাবদা,
খম্নু রামনথ্রহুনা—স্বাই লাও লাইরবিদো।
কোক উরুরু লৈহুনা তুরে মালেম থক তুদা॥
মচেম তুম্নিঙৈহুদা খুমন মামা—"কমানো?"
হায়রে। খম্নু রাখয়ে অমুক হেম্না ইবেম্মা!
নূম্না' সিংজয়ম্বদি—মানা হান্না খুম্মগা,
রায়োম অহু তারগা, মহুনিংথৌ লৈতেদি
হায়জনিংনা খল্লমই। মাংঙে খুমত্রে হায়হুনা—
"কনা কনা ওইর' মো।" নূম্বা সোর অহুনা
অমুক হন্না হংঙরুই। খুমন মাবু য়েংহুনা
"ইহু নিংথৌ কম্‌দৌনি! করিগী হেক খুম্মুবা!—
ইচেম্মন ঐ খুম্মুরে, করি দৌগবমোদা!"
হায়নৈ মচিন মোপুবা। কৌদা থারে মাংগোন্দা॥
ক্ষম্মে নিপা অনিদো—করি হায়মরুপবা

য়াজখরে খম্ব্ দো, দোলাই পাব উবদা।
খম্ব্ মাদা—"ইবুংশা! মপু কনায় মপাওবু
পুখিরকপা নহোয়না ইপুং মথৈ ওইবদা
তাকপিয়ুবা।" হায়রকই। দোলাই পাব শিংহুদা—
থুমন 'বুংঙো তাবরা—নোংয়াই পুক্লিং থুকনু।—
করিগী থুক্কদগে হায়বিয়ু ইয়াম্বশা!—
মদাও 'বুংঙোগী য়াথং পুরকপনি ইবুংঙো।"
যাহৈ শিতা তাবদা লমজা খম্ব্ লাইরবী।
পুম্মম্ মমখরে। নুরা থবাক চিংথাইরে
লোইবী মানা মনবগুম্ লমথ্রে, খেঙুম মখরে॥
"তাদ অনি হায়রিয়ু, করিগীনি হায়বগে?
মতম সিগা—করম্বা; শাক্কম লাক্কম লৈবগে?
—ইবেম্মা! চুমই, মতম অসিগা; খর থুরে।
শাক্কম হায়বহু থোক্লে।—করি নিদা হায়বিসি?—
যাইর-শাথোং অকনবা হুইয়েল লাম্থোং অথেংবা
মাহু মক্তি হেক থোক্কে থোকপগুম্বা যাকম্লি।
তোবুং হাওখুল থুগাইরে শাবু লমশা তাহ্না,
'নিংথৌ ঐগী ইরোইনা মুংঙাইরগা লোইপোৎ-তু,
কাইদে, কায় নিংথিজনা পুক্কৈ ময়েং তাদেদো।
ইরোই তাক্তবা য়াদে, চৎলু।' হায়না অমুক্তা
কুমখ্রে প্রজা অয়াম্বা। মনাও ইবুংঙোবুম্‌,
মপু সনা য়াথংনা কৌখৎহুনা চৎলুদি
তাকপিবদা চিংথুবা, মুমদাং ওইনা কুম্মক্কে
হায়না অম্মুম লৈহৌই। অকন্ অথৌ লোইনদি
খম্ব-নোংবান য়াওগনি কৌক্ক শাম্না লাকপনি।
মোইরাং খোরি-কৈথেল্দা লেংখোক্কদা ঙাইহৌরে।
যুবরাজদা হায়রকই—'মমাংঙৈদা হৌখিবা

মুংঙাইত্তবা লৈবক্তু মুংঙাইত্তবা তৌরম্মু;
তোবুংদা হান্দক-তম্মু ঐগী থবাই কনখিবা
থুমন মানি অশেংবা ঐগী পানা অসিদা
মোংয়াই মদোম ঙাইবনি। থিল্লে কৌরু।' হায়দুনা
ননাই ঐখোই লাকপনি। লেংথোকতুনা ঙাইহৌরে।"
হায়রে অনি অদুনা। মোংয়াই মাগী মবুক্তা—
"অওইবমক্ ওইরিব্রা মপু সনা য়াথংনি।"
খল্লি খম্বা মতমদু। খম্ব, মানা "তাদখোই!
চাক খরদং চারগা নোংম্মু মঙানগদৌবে
অয়ুক ওইনা লাকচবা?—কদাইদৈনো ইবেম্মা!
য়াদদুনা লাকপনি, ঐখোইনবু কৈদৌনি
ঙাইদুনা লৈহৌরবা ওইবদুগী লাকপনি।
সনা য়াথং পুদুনা, থিল্লবদি ফত্তেদো॥
হায়রে। বাদু তাবদা—"ইচে ফীবোম্মুম খর—
লেংথোকহৌরে শোইব্রেকো?—থুমন 'বুংঙো শোইদরে।
নিংথৌ সনা য়াথংদি 'অহিং লেকউ তোবুংদা,
শামুনা তাব-মতম মোংঙাল্লমদায় চানবা
ঙাইরু হায়বা রাফম্মি। ঙাইদবম্মু মতমদু
নোংঙাল্লমদায়দা থোক্না মফম দুদা থুংউগে।'
খম্ব মতা অদুনি। নিংথৌনদি অসাইনা
চংখ্রে হায়না থল্লবা অদুই মতা ওইনম্মু
তৌই' বারা তৌহৌদে, কোম্মুং-তানি হায়দুনা॥
তুম্না বাদু হায়মরে। নোংযাই মচেম অদুনা
পুখোরকপা চৈরৈদু থুমন মাসা শেংখরে॥
ঙসি অহিং অসিদা ইম্মুং থাংমৈ মঙান্দা
থুমন মচেম' মিংতুদা ফজখরে খম্বদো।
"ইদু নিংথৌ অসিবু ফজরেদা ঙসিদে,

তোবুং লম্‌দম্‌ য়েৌবদা লাংগোইশিংগী মখুৎতা
করিগুম্বা অমতং থোক্কদরা করিনো!
মুৎলমদায়দা ঙাম্মোকপা থাওমৈ ওইবা শককম্না!"
ইন্দ্রি সুংদা খম্ববনা—ৱাখয়েদা খম্বদো।
মতমনগা চাদয়ে—চৎকন্নু হায়সি কদায়,
খম্ব খম্বা অনিদি কেগে হায়বা লৈপাক্তা
উকুল ওইবা জীবনি। মপু সনা য়াথংদি
লৈমৈ লোইবী মাগুম্বা। চৎপদদা মতায়ে।
খম্বা মানা "ইচেম্মান! পসেম ফম্ফম লাংসিদা
ফম্বিরুয়ো। ইচেম্বা ঐগী মংগোল তৌবিরো।"
হায়রে খম্ব ফমজরে। মচেম থোংবী অনিদা
নোংয়াই কোক্না শোক্নুনা খুরমজরে খম্বদো।
"মংগোল ওইয়ু শাজো-তোন। তুবুম অমা তেকন্নু।"
বোর পিয়ে মচেম্মা। খুমন তুংবু থংহৌই,
দোলাই পাব অনিনা—হান্না কুমথৈ সুমাংদা।
খুমন মমা মখোংদো থাংদোরকপা অতুনা
খোংকাপ অনিস্নুবদা নিপা অনি থেংখিদে,
তুংথংবদি খম্বগী মখোংতুনা চেল্লুবে,
খুমন শুমাং লমদমদা ফৈনা ভাবা চৈ অমা।
খুমন মখোং ভতুনা লংথোক-অম্মি কোৎতুনা।
সুংঙাইহৌদে মচেম্মা খুমন মাবু য়েংহৌই।
খম্ব মাগী মূর্তিতু মতা'ম ওইনা উথি
তোহ্লাইনবা খম্বুমা। ৱাখরেদো লাইরবী
খুমন নংবু চৎখ্রম্নু কবম খাম্ফদবরা!!
খম্ব হোজং লানবদা খুমন্‌ ময়াই থংখয়ে।
অতুম পরেং শাতুনা—থোরি কৈথেন তম্মক্তএ।
নুরা-হৈদি কোন্‌-পাখং-কুংগাং নাওয়োই-তাক কেগে-

খারি-লমশাং চৎলক্লে। নোংঙানগদবা পুংহু
অমিতা মঙাইখায় পুং অমদি হৌখয়ে॥
মতম অসি ফাওবহু খুমন চ্যু লাইরবী
ইমুং হেক্তি চংদানা লৈরি লেপ্‌ই মপান্দা
মৌপ্‌া হুগী খন্নুনা ইমুং ঙাক্লমদায়হুনা॥
লোইবী হেম্পাং অমুবা চেক্লা পাওহন্, চেক্ অহু
অনিদংবু পাইরক্লে,—চেক্লা শিংনা থোংঙকই,
"ভাইবং চমু অপংবী লমজা খম্ব, লাইরবী,
নহু নিংথৌ খম্ববু করি থাদোকখিবগে!
থান্মুগবা ইবেম্মা! পোকপদগী নহাক্লা
চরৈ নান-য়োমহুনা কোরৌ মতম ফাওববু
থাদোকবা নহাক্লা ঙসি ইমুং অসিদা,
থাজোক্লবা খম্বও।" হায়না লৈনা পাইহুনা
থোংঙে খম্বই কোকতোন্দা। চেক্লা মাগী ময়োন্দি
খংদে শেংনা অহুগা—"করিগীনো। করয়ো"
হায়বা পুক্লিং অমদি পোক্লে নুরা মবুক্তা॥
"লোইবী হেম্পাং অমুবা চেক্লা করি পাওনোদা!"
হায়রহুনা খম্বদো—নুরা পাংগন্দি থোক্তা।
ইন্দ্রি ফিরাক শেংন-কায়! চরম কংন-খনবনা
মিংতা পিন তংতয়ে খবাক ফুন্না কপখয়ে,
চেক্লা অনি য়েংহুনা! - 'ইমুং অসি তৈরগা,
ভোংগোন য়োম্রে হায়বগী কেগে মপাও তারগা,
খংজরগে।" হায়হুনা চেক্লা শিংদা পাওমেল্লি॥
চেক্লা 'মিনা -"ইবেম্মা! ভাইবং নংগা 'খোইগদি,
নয়োন ইয়োন তিন্নদা! খংদবনি নহাক্তি!
নহু নিংথৌ খম্বদি খোইরাং খোরী কথেন্দা,
পাখং শাংব! হাঃ খম্ব! থোকদোয়ে ইবেম্মা!

তোলেন নৌপ্‌া লমজাগী তম্না চইন্নবা—
তম্না ওন্না থোংউরে।" হায়রন্নগা কাক অনি,
থোরী কখেম তমদুনা খুমন্না লৈবা লম্‌,লম্‌
পাইখৎখমে অদোমদা! খম্বা ফুংগাং থোং-য়ৌরে !!
ইনুং নোংজান্নমদাম্বগী, শাম্ব লেম্‌থ লৈচিন্না.
ফাইরেন থাগী পূর্ণিমা খাবল ইপোম থক্‌-তুদা
তাওবা, মোইরাং লমদমগী থারি লমজাও অদুদা,
নিপা অহুম চংলকপা, মাংগা তুংগা অনিনা,
ময়াই থংবা নিপাদে মীশিক ওইনা উরকপা,
য়াইদ-চাওদম শাংদম্না ফিংথিবতু থাপ্পপ্পা
কোংয়ানবনা উরক্লে, খংডে খুমন মশক তো!
"ময়াইথংবা মীচাওসি খম্বা ওইরে শোইদরে।"
লেপ্লে নোংবান কোংয়ানবা লাওরে নোংবান খম্ববু:—
"কেগে মচা করামো? হুইচিক এঞ্চিক খোম্ফম্‌,
তাদ্রব অচিকপসিদা, মীগী মপোৎ হুরানগে;
চৎলিবরা হৌজিকপো?" হায়থি খোনদু তাবদা,
দেপই খল্লি—'নোংবাল্লি।—নোংবান নত্রা 'য়াম্ব-শা?—
ওইরমক্লে ইবুংঙো!" স্নুম্না হায়নৈ খম্বগা
দোলাই পাব অনিগা। "থিব হায়দা করিনো!"
খল্লি নোংয়াই মচানা দোলাই পাব অনিদা
'তাদ্‌ অনি! যুব্রাজ, লেংথোক হৌরে হায়বদায়?—
মপুনিদো ইবুংঙো! চৎপ্রত্না লাক্তিবরা
মনিংনিদো খংদরে।—ফরে হুদি 'য়াম্বশা!
অসি য়েৌনা হায়রদি নোংবান মানা ঐথোইবু।
খুম্‌দবদি চুমদরে; 'য়াম্বা অনি খুমগেরা?—
ঐথোই খুম্ব ওমজরোই; শামান্‌ লেংম্নাবনি
খুমন অঙাং খুম্বিবু! ফরে হুদি।" হায়দুনা

নোংবাল লোমদা ওল্লিরে; খুমন মানা লাওরক্লে—
"কেগে ইচিন্নাও ভাইবও! 'কন্নিগীনো কন্নানো'
হায়না হংন হৌনৈনা, চুরানগেরা হায়বদি!
অচুম্ব শারহুনা। কীজেং নৈজেং চংলিবা,
চুরানগন্ন ঐথোইনা? অমোৎপা কী শেংহুনা
নৈকু নৈরাইদা থুম্না চুরান্দ্রগা 'হুনদি?
মীগী মপোৎ হুহনা পোৎ লোংকে তৌরুবদা
মী লাকপা উরহুনা অচুম্ব শাজরিব্রা?
মংহুন্ন চুরানব ওইনি, 'থোইদি চুরানব নত্তে।"
হায়না তোলেম লাওরকই। মথং-হুদা নোংবান্না—
"মুরেঙ্গবগী ইতাওরা? থোক্পম মাল্লি ইতাওগী?—
মানি হো! নংদো ইবো, অহুম্ হায়গল্-লাকল্লি।—
ইহে:! শাওম্ন ইতাওবু! নংনি হায়বা খংউদ্রে,
কেগে মচা ওক্তবা কমাগুম্বা ওইরিব্রা,
থন্দোকউরে ঐহাক্তি।—ঐ ওইবগী ফবনি,
মীভোন্দা থোকউ'রদি চোপ্পবোইদরদো নং।"
নোংমাই নোংবান অনিহু অমা অনি ভাংমরে।
মমৈহুদা নোংবান্না—"শাওম্ন শাওম্ন ইতাওবু
নংল-মীয়া ঐহাক্না খংনিংহুনা তৌবনি।
নং ওইরবদি করে কৌখৎনি হায়বা নংবু
তারহুনা ঐহাক্না ভাইরম্মিদো ইতাওবু॥
সোমদা অহুক চঙকখো।"—হায়রে। মহু তাবদা—
"ঐথোই অহুম শুরিদো, ইদোম লাকউ হায়ববা?—
করি কৎতবা নৎতে য়াওরবসু য়াগনি।
করে ইতাও॥" হায়হুনা দোলাই পাব অনিনে
খুমন মাগা অহুমদো নোংবান নাক্তা চংখরে॥
নোংবান নাক্তা য়েৌবদা খুমন মানা—"ইতাওবু!

কম্বা ৱাকম লৈবগে। হায়জগনি ইতাওবু!
ঙসি নংগী থোংকমসি কদায় য়ৌগদৌরিবগে ?—
ইতাও থংবিদবরা ? যুব্রাজ সনা য়াথং,
'য়াম্বা অনি অসিনা কৌরম্নুনা লাকপনি—
ৱারম্দি খম্ব-থংব্রা ?—ৱাকম হান্নবু অসিনি।—
করম্না খম্বা তাসি ? তোবুং হাওখুন্ থংগাইরে,
শাম্ লমশা তাহুনা নিংথৌ সনা য়াথংনা,
অসাই অয়ুক অয়াম্বা প্রজা কয়া চংখরে।
মনাও 'বুংঙোম্ব চংলু প্রজা মরাম পুম্নুমা,
ঙনি নোংঙাল্লমদায়সি শাম্ তাবা মতমদা
লৈয় তোবুং হাওখুন্দা হায়নবদা যুব্রাজ
নোংঙাল্লমদায় নংনবা অহিং লেংগে, অদুগা
নংম্নু রাওনি ঐবুম্নু কারকউ হায় হায়দুনা,
লেংথোক হৌরে হৌজিকমক কেগে থোরি কথেন্দা,
হায়রৈ কৌরৈ ঐহাকপু। কথেন য়োরবসিদা,
লৈরমদরে হায়দুনা হায়নরিবা অসিনি।
লৈরম্নগা থৌগন-দু অম্নুম মতৌখরগে।
লেংখিরম্বা থোক্লগা তোবুং য়ৌগে হৌজিকসি।
হায়না লাকইবসিনি ঐগী মরম হায়ববু॥—
মাহুনি, খুমন ইতাও! দোলাই পাব অনিনা
সোমদা পুব য়ানবা মীনম্বনি নহাকপু।
মাহু নত্তে ৱারমদি।" হায়রে নোংবান অপানবা
খুমন লাঞ্জদবনা—"হোয়নে ইতাও চুম্মেদো,
মাহু ওইব তামাল্লে!—অচুম্বনি ইতাওবু!
ওইব তামল্লে নত্তে। নংবু ম্নুংঙাইতবা ঐ
থক্ লৈত্তে। নংগী নবা ফংতবদু তাবদা,
ঙাইবমইবনি নংবু।"হায়না ঙাথৈ নোংবাম্না

খম্বন মানা—"ইতাওবু নংদি তারম্মবোইরে ?"
হায়রম্লগা "ঐমক্তি নোংবান মবুক ফত্তেদি
খনববু, তৌদেদনা। ঐনা-ফংত্রবোইরেনা !"
মম্লা খল্লুই খম্বদো। নোংবাম্না—"ইতাও খম্বা !
ঙসি অহিং সিদদি ঐনা হায়বা লৌবিম্ব।
নংত্রবদি খম্ব নং, খুদোং থিগদৌরিকো !!—
মুঙাইরেদা হা ! ইতাও। 'য়াম্বা অনি অসিদি,
মীনম্বোইরে ঐঙোম্দা !!" হায়রে খম্ব মুংঙাইতে।
নোংবান মানা—"ইতাওবু ! শাওবিরুম্ম মহোয়দা।
ভেন্-নি নিপা অনিসি, কাপ্লকপগী লাকপনি॥
ইত্রে দঙ্গি ফংইদো হান্নদোকপম্ম য়াদেদো॥—
য়াম্না চুমই ইতাওবু। মাহু তোকও, হায়বিরো !
খম্ব ঐবু কদোমগী মলোম তৌবদগীনা ?—
কুইরে খম্বা নংবুদি। অচেংব থোকএ ঙসি।—
করিগীনো-হা ইতাও ?-ইহে থোইবীগীনিনে।—
করি হায়না থোইবীদে ? লৌমু হায়ম্বিবনিনে।
লৌখিনি হায়রে শিরে—লৌত্রবদিনে হিংঙে।
পুংকম ওইরে লাক-অনি। বাকম অসি ইতাওদা,
হৎনিংদনা হায়না হায়রিবসিনি খম্বা।
'ঐদি লৌখিনি' হায়না খুম্মবা থোকও নংনা
মাঙেদো ইতাও ! শিরে ! লোরোই হায়রবদিনে
কৈদৌরোই মানা নংবু ! হায়ু হায়ু ইতাওনা !
নংনা লৌরোই হায়রদি নংনা খুম্মত্রবম্মু,
ঐনা হেক্তা মহায়নি ইতাওবু কনগে ঐনা,
তুবুম অমা ভেলহল্লোই। শোইত্ররনি-কো ইতাও !
ঐনা হংবা বাসিদি মানা হায়বগুম্বনি।"
হায়রে। নোংবান মহাক্কী বাকম'সি তাক্লবদ
খুমন মচা খম্বনা—"ইতাও ! নিংথিনা কল্লু !

লাইগুরুগী নিংথিবা্ গুন থিগ্রিকপু মাংদানা,
কনবিগনি ইতাওনা, ৱাকম পুম্বা তাঙ্জগে
হায়বিঘুকো নহাক্না,ৱা 'মতদি হংজগে ; —
খম্বা ঐনা লৌবম্নোই হায়ব্রবদা ইতাওবু,
মজাইবেম্মা থোইবীবু থাজগেদি নিংইবা
থোইবী লৌগদৌরিবা নিপাসিদি কনানো ?
মাসি 'মতদি ইতাও ! তাকপিয়ুবা ঐঙোন্দা—
(নোংবান হি-হি মোক্তুনা) -মানি মানি ইতাওবু !
থুপ্নবগম্নুসিদি হায়নরব। কৌনিমা।—
হোযনে ইতাও থুপ-অম্নু।—কবি থুপউ-রদগে।—
(হি-হি অমুক নোক্তুনা) "ঐ নিনে হাই ইতাও।
কনাদবু ওইগদগে !" হাযরে। মাতু তাবদা,
যুরেক্সমগী চাগোক্তি মীমম্ সোরি মাদবা,
লমজা মীচং লৈতবা লৈতে হাযগী কিদবা,
থবাই পাম্মু হৈতবা মোংযাই মানা শাওবদি—
মুংলি মংলি চাক্লবা মৈদা ঘীবু হৈবগুম
খুমন খৈনা শাওখরে। মবুকতুদা অঙাংনা—
"চান্দনদি অচান্-শা, মাম্নাওনদি তৌবোইরে।"
খল্লে, চিন্ন থোক্লদি—"ইতাও নংনা চান্দানা,
অচান্-শানা হংখদি করি ৱানো কোংযানবা !
নংনা অমুক, মুংথিন্দা ঐনা হৈজিং পুরেদো !
নংঙোন্দা থোইবী পিরা ! মঙদই মঙবা মমঙনি !!
করি ৱানো ! ইতাওদি য়াম্ন পঙ্থ্রে পংঙ্গে মং !
ককচেং চুহী পাম্বনা চুহিফুদা শিবনি।
অপাং অনোম মকমদা তোংব-হরিংদো, ইতাও !
নোইহৎপদো খুবাক্না। করম থোইবী লৌখিনি !!
উমি ইতাও লৌদানা। নংগুমা মী কোটি 'মা

যুব্রাজ লাখ’মা লাক্সনু নঙোন্দা থোইবী পিম্বা,
চহি মশিং নাইদানা মোয়োক্তদা লৈব্রগে।
খম্ব চামরক্ষ্নে শিঙ্গসনু কোংম্নানবা !!—
থবাই লৈবি কৌবগী, খম্বা ! ঙাংজখো তাসি’।
থুংঙৱনি যুব্রাজ। মোংবান পানা মরিনি
নোংবান ঐনা পানবদি,—অপা নমা মরিদা
উদ্রে হম্না যেংবদা। চিংপাক তয়েং ভাম্বিবা
অঙোম মোংবান মমাংদা লৌবা হায় ’তুদি
লমজা নঙক ওইবরা !!—করি থানো কোংয়ানবা !
খম্ব ঐবু ওক্তেদা তুগী ’চুম্না চৈয়্।
মীগী পিবন্ পাবন্বা, লমজা হায়বা হৌনব্রা !
ঐগী কর্ম্মই ফোম্ননি সুপী মচা নদোগুম্,
হাহ ! সুপী মান্ব নোংবান ! অতুম হৌনবরা হাই।
করি তৌগে হায়’গে নং যুব্রাজ লাক্তি্রৈঙদা ?”
হায়রি থুমন মচিন্দা নোংয়াই মবুক্লিংতুদা,
অঙোম মচা কোংয়ানবা চান্দ অচান শাবনে
পিবন পাবন খিবনে তুগী সুংঙাইতবদা,
অতে অমা খনখিদে। “ঙসি কৌবা সুমিৎতা,
মামা ঙম্মে হাংসমু ঐনা ঙম্মে থম্মোই।
পলেম পঙ্গৌ পনবা মচা ওইবা নাকোংনা,
ভান-হিংবা হৌনদে।” নিংবতুপা লোইননা,
খম্বা চৈরে শেমখবে। নোংবান মাস্থু শেম্নখবে॥
নোংবান মচিন অতুনা লেপ্তে নোংথাং কুপ্পগুম
“চেংগাং শাইবা নংগুম্বা লমজা পিতৎ পাতৎপা,
লাইর-শংদা করম্না নিংথৌ মচা থোইবীনা
মতিক চাদে লমজাগী ফূগোই বাংগোইগদবা !
অৱেম্বদা নপুক্লিং নিংজৌ সারা থবাইদি,

মাঙেঙ করম লৌরুনি।” চৈরে নোংবান নোংয়াইদা॥
পাম্ব থংনা শোইরগা কৈরেন য়ান-হৈরবা,
সজি সঙাই উবদা পাম্ব চোংশিনগদৌঙম্
খুমন কীবম উথয়ে। নোংবান মাগী থৈরিবা
মীচং শিংদা নোংবান্না—“লৈপাক মতম ওইরে” হায়।
লাওরকপগা ময়ামদো ফুজিল্লকই থম্বদা।’
ময়াম য়ৌরক্লি্ৰৈঙদা খুমন চোংসিন্খিহুনা,
নোংবান চরৈ পায়খরে। নোংবান মখুৎ অহুনা
চোংসিল্লকপা খম্ববু, ফাগে তিংথোরকপদা,
পাম্ব-খুৎতৈ হেন্নবু শিংখরবা খম্বনা
য়েথোকখরে-মখুত্তো, নোংবান মাগী তুংলোমদা
খুমন মাংনা তাখরে। তাক্লবগা ফাবগা
স্নুপকোন কোল্লে নোংবামবু—কোয়ৌ থকতা হাইগৎপ্রে।
লুকমাই তাকম অকংবা লৈকংহুদা নোংবানদো,
ফদী কন্গুম থাদরে, ময়াম য়ৌরক্লি্ৰৈঙদা।
বাম্বখরে কোংয়ামবা। নিপা নিফু মঙানা
ফুজিল্লকপা অহুদা, অরাক অরাক, অফংবা,
পায়ন-পায়না লঙক্পা, খুমন, শোক্প ঙমখিদ্রে।
চেল্লে কাইরে ময়ামদো। মরক চিদা কোংয়ানবা,
জ্ঞান্ তামক্লে হৌগৎলে। ময়াম কায়ব উবদা—
“চেনগম্মুনা করিনো! নবুক চাক নিংশিংউনা!
চেম্মনবা চাবন্না?” হায়না নোংবান লাওরকই।
নোংবান মবা তাবদা ইকাইখরে ময়ামদো।
হঞ্জিল্লক্লে খোৎখোৎপা। নোংয়াই মানা—“নোংবান্দা
হান্না লোইগে” নিংখরে। চোংসিন্দুনা পায়খরে
নোংবান চরৈ খম্বনা। নোংবাম মানা “খম্বসি
অমুক্তুংদা তুর’দি” হুগী মাতৈ য়েংঙকই।

অরাং কৌক্রু লোকমাইদা শ'মু য়াত্তোম পোকহুনা
অমোম হাকসবগী য়াথিসবা মওংনি।
শামু মান্নবা অনিনি লেংমাসবা নিপানি।
নোংবান কৈন্দু ৱাংতবা! মোইরাং লৈপাক অহুদা
নোংমাই নোংবান হাযহুনা থাম্নবিবা অনিনি।
গুসি ইমুং অসিদা ইচিক হুনবা মতমগী
মুমদাং থাবল্ অসিদা থিন্নবকপা অসিদি,
মোইরাং লমদম মিকথরে। নিপা নিকু মঙাদো
পাকচংবা গুমখিদরে। চংউরগা অনিগী
য়ারক শিংজু নদোংগুম মাংগববা কিনরে॥
ময়াম পনবা উবদা নোংবান নোপথরকপগা
ৱৈন ৱৈন লাওরকই।--"কৈনো লৈপাক মচাশা!
কুম্মে য়েংব লাকপবা?"—চোংসিনথরে ময়ামদো।
নোংপোক নোংচুপ মতুংদা গাক্লে খম্বা তুদরে।
ময়াম কোয়না কুখরে। চৈদোন ময়াম অহনা
বারন কাবন হেন্দোক্লে। মীচং মশেন শোক্লরে।
চৈগী চৈদোন অমতা খম্বই মশা অহুদা
তাদে মতম হুকাওবা। উবে নোংবান কোংযানবা,
শিংদ-হৈত নত্তেদো। নোংবান মানা লাওহুনা
ফুখিদরে ময়ামদো। চৈহু থোক-থোক লংথোকই।
নিপা নিপান নিপম্না মখোং অনি, মথুংতা,
মোংয়াই মাবু ফাবক্লে। ফাখিদোবে—খংহুনা
য়েংতা ওইদা মাং তুংদা খম্ব লৈন চোংবদা
মীনা মীযাম ওইবনা খোং অনি, খুং অনিদা,
য়েন্নহুনা ফাখরে মী কুম্ব নিংখোই খরা॥
অতৈ অরেম্বহুনা খুমন শম্নাং নিংথিবা
পায়ক্রে লোংনা চিংথরে। নোংবান মাংদা লেপ্তুনা,

চোংশিন্দুনা মরেংনা থেংঙ্গ্রে নোংয়াই থবাক্তা।
থোংদা খুৎতা পায়খিবা নিপা কুম্ব। নিথোইবু
'চিংই পাংসোইনা-থক-খা। কাংয়াং বানা বাচৈবু
চৈবু লৈদা তাবগুম লমজা লোংনা তাখরে॥
তাখিবগা নোংবান্না, চোংশিন্দুনা মথোংনা,
নিংথিজবা নোংয়াইগী থবাক ঙাক্ষম শোকমথৈ,
কাওরে নেংলে কয়া 'মা। 'লমজা নাচন অহুনা
মজাইবেন্মা লোথিনি হায়ব শাই এ, অমুক্কা
হায়থো য়েংগে পিতৎপা।" চৈন চৈন নোংবান্না,
চোংসিন চোংসিন চুবাদা মায়দা চিন্দা কয়ামা;
মনিং তম্ম কারক্‌প, সোব থিংই খম্বদি
খুম্ব ঙমদে মঙমদো। ময়ামহুনা চিংবনে
চৈনা থোংনা—খুহুম্না ফুবকপনা লমজাদো
থাংবা লৈবা ঙম্মক্তে। থোইবু মানবা শম্-অদো;
খুদাপ্ খুদাপ্ পায়হুনা চিংলকপদা শম্হুনা
শনদোং শমদোং ফুক্লক্লে, চৈনা ফুথবকপনা;
থবৎ-থবং তৎলকপা, ঈনা পুনঙাং ঙাংলক্লে!!
ইমুং থাবন অহুদা লৈরাং মচু অঙাংব,
গোলাপ শিঙেন্নদৌগুম তারে লম্বী অহুদা।
চৈনা-থোম্ম লমজা দো লৌশিং মচেৎ ওইরক্লে।
শাদান্‌বগী তেন হুনা পাল্লহুনা শিববা,
লেংদানদি তাহুনা লৈজরবা নোংশাবু,
মাগী মূর্ত্তি অহুনে হায়ে মগুম অহুনে,
কিপ্রহুনা কোইবগুম্, কিখিবনা খম্ববু,
মহোয ময়াম চংহুনা য়েবা কাওবা চিংবম্মা,
উতুপ তাগুম তারবা লমজা খম্বা অহুবু,
ফুংবে তোকপা, য়েবগী লোইব-লেপ্প লৈথিদে।

মখোং পায়ব খুপপুনা অমুক চিংই; অমরোম
খুং পায়ব মখৈদুনা অমুক চিংই, কোল্লোমদা,
শম্লাং পায়ব-খুংতুনা কয়া অমা চিংখরে ॥
ফুরিৎ কোয়েং চরৈদি মচেং ফাওবা উখিদ্রে।
নোংমাই মাগী মশাদা থাংচেংদুদা মঙাইবে।
উনশা পুম্বা তংদুনা মতোংদুদা ফুবনা,
হকচাং মচেং চোংথোক্লে—ময়াম অদু ফাওবদু
সদুম-ঈগা চোংখবে। মাদুদা লেপ্লখরে ॥
খুমন মাবু কৌকবা দোলাই পাব অনিদো,
লৈব লাকপা ঙমখিদ্রে। খুমন মাগী পাপতুবু
পুরদবা নিংখরে মহোয় 'নিনা তৌবগুম্,
কৌথোকউবা তুদগী। থামজরুবে অনিনা।
মোংবান মানা চৈরকই। ভোঞ্জরব: নিপানি
দোলাই পাব অনিদি চৎলু তৌরু হায়বদা,
মপুই য়াথং ওইবগী কৌরুবনি অনিদো।
দোলাই পাব অনিদো করি গতি লৈখিদে:
মিংতা পিবু তাদুনা হন্দোক্লুনা লৈখবে।
নোংবান মানা—"নহোয়নি, চৎলো সনা চোরোন্দা,
শিব মক্তি শিহৌদ্রি, মপুই শরুক থাকহোবি।
হায়রু চৎলো।" হায়দুনা তম্পাক য়ুমদা থারক্লে।
অনি অদু হরাওরুই।—"নোংবান হায়বা মহাক্তি
শামাম লেংমায়বগী তাংখিবনি খম্ববু;
নোংমাই খম্বা হায়বসি নিংথৌ মচিন মনাওগী
মরল ওইনা নিপানি লৈপাক মায়রোং পুবনি।
মপু চোরোন, উরগা হিংঙগনি, মানদি—
হাংপ মক্তি হাংলরোই, চৎসি খিৎপু থুনদি।"
খঞ্জদুনা অনিদো চেঞ্জরক্লে থুনমক।

চিংখুবগী থোংহৎদা খুংকাপ্পিনা কাপউরে।
যুবরাজ থোয়কই —"থরাই মক্তি মাংহৌদ্রি,
য়াম্না খিনা য়েহৌয়ে থিল্লবদি শিরনি,
লেংখোকপিরে॥" হায়রুরে। চিংখুবদো থোকখরে
নাকন্ থোংদা কোইহুনা থাংলেন মখুংস্মুবুদি
খুহুম চেৎনা পায়গ্রনা॥ অমুক পনবা তৌদানা
সনা কোম্বুং চৎখরে হৌদোকউরে যুব্রাজ
তখেন সারুং হনববু। ইঙ্গিং ফিংনা শারুংবা—
"কৈনো মতম চাদানা লেংবিরকপা অসিদে ?—
সামু সবোং হাপকংলু থিল্লে সারুংবা থিল্লে!—
করিগীনো ইবুংঙো মতম চাদে করিনো।—
হাপ্ত-হাপউ কবিনো মতম হাযবা লৈববা!—
কদাইদগী যুব্রাজ নোংমাইজিংদি খুদিংগী
পুংফম খেন্দম যেংহুনা পুথোক্লগা শাসিবু
পূজা তৌবা শানিদো। নয়াম্বুংনা মী' খোইগী,
শাগী নিংথৌনা 'সিনি। তাইবং নাম-নাম-নি।
ভম্মোই-বুংঙো হৌনদে।—নংগী মথৌ লৈববা?
যুব্রাজ ঐবু খংদ্রে! তাযবিদনা ঐহাক্না!!—
ভুম্মোই-বুংঙো পুথোক-ওই।" নিংবা কাযবা মক্তাওই
যুব্রাজ শাওরে—"যেংউ শারুং হন্বা পুথোকউ।
ঐবু উশিংতমাল্লে ঐগী খুংতৈ থাং অসি
শাম পোৎলা খংদরা! থিল্লে সবোং হাপকংলু।
করি যানো ইবুংঙো! নয়াম্বুংবু লাইহুনা
কনা' লুনা তৌকনি! নিংথৌ মরা তাদনা,
সনা য়াথং নংতনা করি 'মতা ঙমখ্রবোই।
থাংনা য়ান্দুনা শিবা—শিবৈ ঙমখ্রবোই।
থাংনা য়ান্দুনা শিবা—শিবৈ শিবা অম্বানি।
ঐনা—শিব কিগত্রা! য়াল্ল 'শিগে নখুংতা!!"

য়াখিদয়ে সারুংবা। যুবরাজ খল্লকই—
"মাসিনদি কাংদে। ইন্নুং ঙানবা হানথগা
নাযররনি রা-অসি" খল্লে। যুবরাজনা
থেম্মে সারুং হনবরু,-"শাকংহনবা অসিনি—
মোইবাং কুমথি কুমগাংবা থোকদোরে কুমশিংসি।
নিংথৌ দোশা যেংবদা কাওরে ঙসি পাঙ্গিনা।
কোরুনবা যেংবদা—ঙসি ইন্নুং ঙান্দ্রিবৈ,
সিদা খোরি কথেন্দা ইরাংপা তারে হৌজিক্।
সনা যাথং ফংবগা চেল্লকইবা অসিন্নি।
মনিন মহাং নাইবস্থু য়াদবনি থবক্নি,
প্রজা তাবা য়াদবা মন্নুং ওইবা নং ঐতা
খংনগদবা রাশি যাইশ যাওদবা সংদে।
হুমা হাথু হাথুনা চেল্লক্রুবা অসিনি॥"
হায়রে। চিংখু নাহানা পুরে রাপু অমদা।
থৈরকইবা রাসিদা থাজরুরে শারুংবা,।—
"সাইনা হুয়া তাকপিনি খংউদরে ননাই ঐ।—
দোয লৈতে হাপউরে।" হায়নহুনা শারুংবা
শামু তাইবোং হাপখরে। অনি অহু তোংহুনা
কেগে খোরি কথেল্-লোগ্ লাংগোই মমায় থারকই।
ঙসি থোংকম অসিদা তগেম সারুং হনবদো,
ইচিং চিংনৈ মবুক্তা। শামু-হুগী মওংগা
হৈনিংদনা উবনে। মতম অহুক কুইবদা
লাংগোই যাইশা অহুবু মীবু হেন্না শিংবগী,
তখেন সারুং হনবগা পুক্লিং চানৈ লোন্দিমৈ।
ঙসি মাহু থোকতরে, লাংগোই যাইশ অহুনা,—
'থোক্লুসি ঙসিদি' হায়দে হায়দা থারুদি
য়ানিংখিদে শামুদো সারুং হনবা মাহাকী

য়াথং ইন্দ্র য়াদ'গী শামু মখোং থাংলক্লে ॥
কুমশি অসি লৈপাক্কী অঙম অথৌ মাইবীনা
পোরোম খুরৌ চেনবগুম, সম্থি খুৎনান্‌-থোকুম্বা
লৈ হায়বদি বা অসি, নিংথৌ ম্যইব মাইবীনা,
পাম্থিশিংনা হায়নরি। মাতুতবু মহাক্না
খম্বুবগী মবুক্তা—চিংখুবগী মবানা
য়াগী মথুং ওইহনা ফেঞ্জরুবে সারুংবা
ম্যাগী য়াখন অতুনা—শামু কথেন্‌ য়ৌরক্লে ॥
নিপা নিফু মঙানা য়ৈৱ মখৈ য়ৈরগা,
নিপা কুন কুম্না খম্বা শাগন পাংম-পাংম পায়,
নোংবান মানা শাজোবু পাপ চেনবা মখোংহনা,
"চৎলু চৎলু" হায়হনা খুমন নিংতু ফুন্দোংদা
চোংশিন্‌-চোংসিন্‌ কাওরকই। "লমজা নচিন অহুনা,
হায়খিদরা পিতংপা! মজাইবেম্মা লোখিত্রা।"
হায়না ঙাং-ঙাংহনা কোংয়ানবনা খম্বগী
চিন্দা মায়দা খুবাক্না চোংসিন চোংসিন থারকই।
খুমন মাদি মশাহু য়ৈমন্‌খিব অতুগা
নিপা ময়াম অহুনা খুৎতু ফাখিবহুনে,
হাইবা লেংবা ঙমখিদে। মখোং থাংবা য়াদরে।
নোংবান মানা চৈবদা মিৎমা য়েংউবদদা—
"য়েংবু য়েংই মমিৎসে।" নোংবান চোংসিনক্তুনা,
ফাববদি খম্ববু মিৎত-মাইদা কয়া ফুই।
ম্যোইরাং লমজাও অহুদা শমদোং শমদোং তাহৌই।
চবৈ নমখাং কোয়েৎম্নু ঈনা পুমজোং জোংতুনা
মচেং মচেং তাহৌই। ইম্না কাওনা চিংহুনা,
তিম্থোক ককচেং ওম্বগুম খুমন্‌ মাবু ময়াম্মা,
কৈথেন তাম্ন পুরক্লে। কথেন ময়াই য়েৌবদা

নোংয়াই কম্বা ভমখিদে—কোংয়াং যাদি যাচৈম্নু
চৈম্নু নৈদা তাবগুম, 'মুন্‌বা মরোং কেনবগুম
নোংয়াই তারে মতমদো॥ "লমজা নত্তিক নংতানা
নিংথৌ মচা পাম্বদি চেংগং চাবা থংবরা!
কম্‌বিগে নথরাইদো মজাইবেম্মা থাদোকউ।"
চৈরি নোংবান ভংতানা। খুমন মানা—"কোংয়ানব!
লমজা লমজা হায়গন্নু। হাত্তোক্কে হেক হাংতোকউ।"
খুম্মি। নোংবান থিল্লমদে, চোংশিন্দুনা খম্ববু
"নচিন পাপ চেন্‌বদবু হন্না হন্না খুম্ব শায়॥"
হায়না নোংবান ফুরকই। ময়াম ছুম্নু মুংঙাইত্রে!
"ওকএ 'বুংঙো সেলুংবা! থরাইদদি থাকখিসি।"
হায়না খাম্মি নোংবানবু। নোংবান মানা চাওথোক্লা—
কৈম্নু হায়দে ছুজিক্লু মজাইবেম্মা থাদোকউ,
ঐ থরাই কনবিগে মহাযবিরি অসিদা.
নিংঙাই চাওবা শাবাইবু—" হায়না নোংবান অমুক্ল
তুনা নৈবা খম্ববু চোংশিন্দুনা মখোংনা
কাওগে তৌই। মায়াম্না—"হৌনদবে তোকপিবো।"
হায়না কারে নোংবানবু। ময়াম—নোংবান মহাক্কী
মীচং ওইরম্বশিংদো শাওনৈ নোংবান মহাকপু॥
মোইবাং খোরি কথেন্না মুমদাং থাবল অতুগা,
লাইজ ইঙৌ ওইখরে। খুমন অঙাং খম্বদো,
অঙাংবা থরো ওইবে। নৈবে খম্ব তাহুনা॥
শারুং হনবা চিংখুবা শামু যাইশ্‌ ভোংতুনা
লাকপতুনা কথেনগী মচিদগী উরকই।—
"মনাই 'বুংঙো করিনো? আদা তারিব সিদে?—
—অসিনিদনা ইপু, ইরাৎকদবা জীব,
অতৈসিনা মাইবনি।—মীম্নু যাল্লী করিমো?—

ইপু শাম্ন থৌজিল্লু।" হায়রকপদা মতমদো,
শাম্ন অত্থ লেপখরে। সাক্লংহনবা চিংখুবা
অনি ঙাংনয়কপসি নোংয়াই তারে মতমদো।
শেংন তাদে মরোল্দি। অনি মখোন, তাবদা—
"খুমন ঐবু শিবদি শিরোইদ্রা" খঞ্জরুই॥
চিংখুবনা—"কাত্তি থাও! ইপু কৈদৌরবগে?—
শাম্ন চৎলু যাদরে। সিদৈ হেঞ্জিল্লবদি
শামু খোংবা তাখরে। হেন্দ হেঞ্জিল্লুরগা,
কোৎথত্নুনা ঐখোইবু হাৎপা তারে য়ারবোই॥"
হায়রে সাক্লংহনবনা॥ শামুদুদি লাইগুম্বা
বিষ্ণু শক্তি চংবনি—"বৈষ্ণব সিবু ঐহাক্কী
ইখোংসিদা করম্না পুম্নগদগে" খনবদা
মিংভা পিবু তাখবে। শাম্ন চৎলু যাদবে॥
চিংখুবনা "অত্থদি লৈরসন্নু ইপুবু।"
হাযরম্লগা কৌরক্লে।—'ভয়ুন! মোংবান সেলুংবা!
—অজ্ঞা!—কম্-দৌবিবগে?—শিবমক্তি শিদবি,
কুইদি কয়া কুইরমোই। লোইথোক্লগে নিংববু!
মপুই শরুক খাকচরি।" সুম্না খুমই নোংবান্দো॥
চিংখুবনা "মতাওদো! ঐনা কৌবা লাকপদি
খুমখিগত্রা কোৎযানবা?—অজ্ঞা খুমখিবা যাইনা।"
সুম্না হাযমরকপসি জ্ঞান তানা তারে খম্বা।
"খম্ব!,, হাযনা চিংখুবা কৌরকপদা খম্বদো,
লেংবা য়াখিদরবা পাম্বোম অনি হাইগৎলি।
বাংতক্ শোম্ন খুম্মকই। চিংখুবনা—ইহে-হে
শিবমক্তি শিদরি!—অজ্ঞা চোমোন ক্লপাদই
শিবমক্তি শিদরি।—হিংনিংবরনে নংবো?—
"ননাই ঐ থোইদোকপম্নু শিনিংবা হিংনিংবগী

নিনি হায়বা লৈজদে।" সুম্না থুমই খম্বনা।
চিংথুবনা—"মাসিদে মগী নি জেন অসিদি।"
সুম্না খন্থি মবুক্তা চিন্না থোক্না হায়রকই--
"হিংজৌ হিংজৌ!—সনা চোরোন্ কুপানি।"
সুম্না থুমই খম্বদা! মতম অসি চিংথুবা,
খম্বই মনাকমক্তদা চংসিল্লক্লে--হায়রবই—
"খম্বা ঐ বা হায়গেকো,--ঐনা হংবা বা অসে,
থুম্মু বাথন তৌহুনা। নংগী বাথুম্ অহুগা
থুমন থবাই হুগা শিন্নগদৌবা বাখুল্লি।
খম্বা করি হায়বগে? -সনা চোবোন কুপানি। -
হুদি তাবো অসিনি,-পাম্মুই খম্বা থল্লুক্কো!
থুমন নথবাই হিংজৌ থোইবী কৌবী ইচাসে,
পিরগনে নতাওদা। হিংজবোনে নহাকপো?—"
খম্বা মথুৎ লোম্নরে—থাংজিং কৌবা লাইহুনা
চিংউ কুপা পিবরা, মশাবী মনেম মচা
থাদোই কাদা শোকপগী থু ঙাইখিদরহুনা
অঙাওবা লাইনা ওইনা খম্বা বংবৎলকপরা,
ঈগা উকুম্গদনা—কুপথরবা হংচাংদো,
কাংগাং হৌগৎলক্কুমা মপু সনা মাংহুদা
মালেম খক্ত কুন্থরে, -"ঐবু লোয়বা ইবুংঙো!
যোল্লবদা ঙাকপিয়ু লাল্লবস্তু কনবিয়ু।
সুরা নজা ইবেম্মা! মপু সনা পুক্লিংনি।
নশাই ইতাও নোংবান্দা।"—হায়বা বাসি য়ৌরকই।
বাহৈ অসি' মশাদো নোংবান তানিংখিবনা,
অরাম্ চাকঙাই বহুঙাই, থুবাক লকা মোইহুনা
থাংই অচোন মচাদো। "অহুই মথা কন্দোবা"
হায়মিংথরে নোংবান্দো। চিন্দি পোকত্তে থৌরাংই

খুমন মখা অহুদা—"পিরিখিগে হায়র'স্তু,
নুনাই লমজা খম্বদা লৌজো হাযখিরবস্তু,
মপু সনা পুক্লিংনি। ইচন ইচেম নঙ্গেদো!"
হাযনা খুম্মে লম্জ্জানা!! থারম অসি তাবদা
মনাও বুংঙো চিংখুবা শাওবা অমুক হেনখরে!!
থাংলেন মখুৎ স্থহবু খুহুম চেংনা পায়খবে—
"লমজা খম্বা! থাখনজৌ। নঁমোম নজা ইবেম্মা
লমজা ঐদি থাদোক্লে ইতাও অংগোম নাক্কুদা,
পিবিখরো! হায়হুনা নোংবান মথোং পাযহুনা
খুরমহুনা নংথোকউ। ইচা পিসি হায়হুনা
তামব নঙ্গে. নংঙোন্দা। ইচা কাদা য়েৎপসি-
যেৎফদরে হাযবনি। কবি অরংনা খুমই!
কংলো হৌজিক নতাওদা। ইচা কাদা য়েৎলস্তু!!"
(খুমন মানা)—"ইবুংঙো! ননাই লমজা ঐহাক্তি
নমোম কাদ। যেৎচদে, নমাই ইচেম লাইববী
লমজা মানা চৎতুনা নুয়া মচা ইবেম্মা,
হাযজরুবা লৈজদে। নিংথৌ নচিন ননাওনা
খরাই থক্তা লৈহাপ্লে লৈরোং লাইদা থাবগুম
মপু সনা চোরোম্না হৌজ হৌজ কযানি।—
খুমন ইকোপ্লুংদা খুমন মোইরাং মমাংদা,
লমজা খম্বা ঐঙোন্দা পিনবিবই লৌবনি।
অসিমকপু হৌজিক্স লমজা কবি হাযজদে,
নমোম ওইবী মহাক্লা অঙোম হাযবা অসিদা
চংকে হায়ব। লৈরদি. নমোমনদি য়ানিংদা,
নুরা মবা তাদাম্না অঙোম লোমদা পিথোকউ!
লাইরবগী চিন-সিনা, 'পিথোকখরে' তাবদা।
নোংবান মাবু নমোম্না হগুম থা কৈগুম শিনবই

পামজদবা থোক্কুনা নোংবান কাদা থুংগদৈ,
শক্লকপুদি হায়হুনা লমজা ঐগী ইরাঙ্গা,
নমোম থরাই শোক্কুনা—মুরা ছোরি মখুৎল্ল
মুজা মানা পায়হুনা নমোম্ থমোই ফীরাক খাই,
শিখিবদি থোকলবা, মুপী হাৎপ-পাণ্ডবু,
চোয়োন কৃপা তৌবিয়ু ননাই পুবা ঙমজরোই।
'মমাংবৈঙদা পিবগী কদায়নোদি হায়বনি।
পলেম পম্বৌনা য়াদ্রে থুমন মাগী খন্দরে।
হায়রবদি ননাই ঐ নমোম ইবেম্মহুনা,
থাদোকচগে, য়ানিংই। মুরা মবা তাদানা
নোংবান মাগী মক্কমদা মুরা মাবু পিথোকপা
চোয়োন কৃপা তৌবিয়ু।" থুরমজরে খম্বনা।।
চিংথুবা মখোং থিল্লে—শাওরে চোংসিনগদৌরে।
অয়াকপা থোক্কন ওইনা—"ইচা প্রিদে নুংঙোন্দা।
নংগী রায়াম পামজদে। ইচা কাদা য়েৎপনি।
য়েৎলোই হায়রো। নতাওদা ইমোম মবা ঙাইদানা
'ঙসি মথৈ থাদোক্লে—লৌবিখরো ইতাওনা।'
হায়যু নোংবান মঙোন্দা হৌজিকমক হেক কংথোকউ
নংত্রবদি ঙসিদি থাং অসি নং উদরা?
কংলো খম্বা হৌজিক।" হায়রে যুবরাজনা।
লমজা খম্বা মবুক্তো ময়াম য়ৈখিবহুগী
চৈনা থোন্দু কোকথরে। চিংথুবগী মরানা
লাইজ ইশিং ওইহুনা চামথোকথরে পক্করে।
থুমন মানা হায়রকই—"খম্বা ঐগী ইশানা
খাম্বি বৈতান ওইগ্রবা, লমজা ইচেম অহুনা
খম্বা ঐগী মং-হুদা হুন বিহৌবা থোইদিংদো,
হেক্রহুনা থাও-স্নুবা, নমোম ইবেম্মা মানা

ভৈহৌসম্ন থাও অহু। মাহুদদা খম্বগী
নাখৈ শেংলে মখোমগী। ননাই লমজা ঐহাক্কী
লৈরিঙৈদা থবাইনা ওইখররোই ইবুংঙো।
ইন্নুং অসি হৌগ্রনি নিংবা থুংবি হৌররোই॥”
লমজা খিনা থুম্মক্লে। চিংখুবদো মমখরে।
শামু মখোং অহুদা খুমন মাবু পুন্দুনা
হাংকে নিংবা কাওখরে। থাংলেন অহু লৈহুনা
চোংসিনখরে খম্বদা। লমজা ঙকশম তমহুনা
হাইজিনগ্রে থাং অদো। মোইরাং খাংজিং লাইহুনা
‘ঐগী লিলা লোইদবি’ ঙাকখিবরা থাং অহু,
চিংখুবনা শাওবনা মমহুনবু ভৌবরা,
খুমন থাংবু চংদবা। নোংযাই ঙকত-পানবদা
থেগাক তেকই থাং অহু নোংম্নাই ঙকশম্ সোইদবে॥
থাংতেক্ অহু হুন্দোকই, চোংসিনহুনা চিংখুবা,
ধরমগী থাবাক্তা তবোই তবোই লৈরবা
খুমন মশা অহুদা ফুরকপগি ময়াম্না,
শিরগেদি হাযমথৈ কাওরে মখোং খোংপাক্লা।
খুমন হাইথ ফাংত্রিঙৈ নোংযাই’ শন্নাং পায়করে।
চিংলে খম্বা’ লোংনা ভাই,—চিংখুবনা—“চিংশিল্ল্!
লনজা যাবুকতবসে, পি-পা সুদই হৌনবা
লমচৎ নাইদে লঙ্কোল্লি। মপা থোংলেম চাওবনা,
মন্ত্র ভস্মিরমালে থাংনা য়ানবা চংদরে।
লাংগোই সিগী মখোংদা পুন্সিল্লগা কথেন্দা
কারন সোম্মচিংহুনা থবাই লৌগে পুশিল্ল্।”
হায়রে। নোংবান মহাক্লা চিংশিনখরে খম্ববু
লাংগোই মনাক-তু য়ৌনা। নোংম্নাই পাংগল লোইখরে,
মপাম্মোম-তু থাংগৎপা স্নাখিদরে খম্বদি।

খুমন মানা খল্লকই—"পাম্মু ইদকো ঐ অসে,
ইথুং চাবা থাং অমা পায়হল্লগা ঐহাকপু
থাংগী মন্না কুমথ্রি ফাও, তাগী ময়া পংথ্রিফাও,
কেগে লৈপাক্কীদমক য়ান্নৌ থিন্নৌ হায়রদি
হুংঙাইদৌবু অহুগা শিরবস্থ পেঙ্গনি।
মাহু খিজং থোক্কেদা। লমজা ইচেম লাইরবী
য়োকপীনবা লৈহৌগ্রে" খল্লু বদা লোইখরে,
য়াখিদরে ইন্দ্রিদো খম্ব মদোম পুজবা !!
যৈবা নেৎপা তৎপগী ঈনা কাজিল্লকপদা
অমুক হন্না চিংবগা অমুক শোকপ হেনখবে ॥
চৈনাথোম চাকপগে বাখিবগী ইন্দ্রিদো
লাইজ ইখৌ লাংখরে। ইন্দ্রি পুবা বায়রক্লে।
খুমন মচেম নিংশিংই। মচেম লান্থ কংখিগ্রে,
খৌবাংবনা হেঞ্জিল্লক—প্রান-হু তৎবদৌবকই।
মতম তুদা খম্বনা নোংবান মাবু কৌরকই।
মোয়াই মমিৎ অনিদি পাংব-ঙমগ্রে মতমদো।
মমিৎ অনি অহুস্থ ঈনা পুমকা·ফাজল্লে--
"পাথৌ ইবুংঙো নোংবান। ইন্দ্রি মাগী দোষবু
পুবা তাবে নতাওদি। অঙোম মংগী ফরুপ্তা
খুমন চনু ইচেম্না তিনগদৌরি ভাবরা।
অতৈদদি অতৈরি ইতাও নংনা ঐহাকপু
পিথক্পিয়ু লাইজদো খৌরাংঙেদা ইতাওবু ॥"
হায়রকই। নোংবান মানা খংবরদো শম্ব-নং।
করি খংদে অসাইদি! খম্বা লমজা নহাক্কী,
নশাহুনা থাংজি-হু, মতুম মতুম লেন্দুনা,,
শাদোক্লগা ঐসিনা চারবস্থ পেল্লরোই !!
ইশিং থকদই শরুক অসি থকউ য়েংউসে !!"

হায়না নোংবান চোংসিনগ্রে! নোংবান খুৎচাও অহনা
হাইগৎতুনা থুহূম্না খম্ব মাগী থবাক্তা—
দম্-দম্ লাওনা মঙাবক্ মুরে নোংবান শাওহনা।
হায়না শোক্ল লৈবগী ঈতুম ঈতুম ওখরে।
সোর থিংই লমজাদো। ময়াম লৈরি অপুম্বা,
"ওম্বোকপনি! ওম্বোকই! নোংবান করি ধর্ম্মনো!"
হায়নখরে মবুক্তা চিন্দি খোকপা উম্নদে,
চিংখু' নোংবান অনিবু কিনবগা ময়ামদো॥
তুমিন তুমিন হন্দোকনৈ, "চুমদে" হায়নৈ খরনা।
মরক মুদা য়াওরমই—অচোম শাগৈ খরদং
মখোইহুনা—"করিনো! করি চুমদগদগে!
মতিক চাইদো অসিনা।" হায়ন-খুমই হন্নাওই।
মতৌ অসি উবদা লাংগোই শাম্ থক-মুদা
মম্থ্রে শাম্ হঞ্জরা! নোংযাই মতৌ উবদা
কপগ্রে লৈবা ঙমখিগ্রে। শারুংবনা—"ঐমক্তা
শিরসিরা খনবদা, মীগী মীচং শাহনা
য়েংগে কনবা ঙমবরা।" খনগ্রে মুম্না খাংখরে॥
শামু থুহুং অহুদা খম্বা পুশিল্লরুবদা
লাংগোই মাসু রাখরে। সারুংহনবা ঈঙ্গিংনা
খুংঙাইতবা লোইননা—"লাংগোই নংনা কম্নকো!
বৈষ্ণব ওইবা নিপাসে।" হায়রকপদা খংখরে।
শামু-হুনা মবুক্তা য়াখিবদো ঙং-ঙকই,
"নংনা কাতি থাবদা নাপ্তরোইকো ঐহাক্না।
খম্বা থরাই কন্সিকো।" মুম্না খুমই য়াইশদো॥
কেগে পম্বান অনকপা তাখি শামু মখোন্ হু।
"করিনো" হায়না খনখি॥ "নোংবান! পুম্নু লমজাদো।"
হায়রল্লগা কাপ্পরে লাংগোই সয়াং থক্তুদা,

যুবরাজ চিংখুবা। "থুনা পুল্লু" হায়রমই।
নোংবান, চিংশিন্‌খিদুনা লাংগোই মাগী য়েৎ-থংবা,
খুতুংতুদা খম্ববু—থক্তা উন্সা য়াওদ্রবা
মতং মতং তৎলবা হবচাংদুদা খোংপাক্লা,
খুকউন্না নম্‌ নমদুনা পুনব-হোৌরে খম্ববু!
নম্মক পুল্লক খুদিংদা ইক্‌-ইক্‌-ইক লাওরকপদু,
শাক্লংহনবা তারকই। "মাংবা তারে অসিদি
পুন্‌বদদা শিরনি।" থক্লে সাক্লংহনবদো,
সয়াং থক্তে কুম্মক্লে। অতোন্‌ নোংবান সেলুংবা,
দুদি কদায় শিরনি। হাইগৎতুনা তোক-অনি,
লাংগোই মখোং অদুদা।—মনাও-বুংভো তাবিয়ু
ননাই ঐবু খঙসে! মুংঙাইতবা অমতং
লৈবি মপা হাক্তকী, লমন শিংগে বাশকখি।
চাওমন্‌বনা মপান। মতম অদু ঙক্লোদে।
মাংখ্রবদি মাসি 'মুক লমন শিংকম লৈতরে।
মচেম খম্ব্‌ মুপীনি, মঙোন্দদি তৌনিংদে।
অদুঙৈদা মপানা মপু' চাল্লি হায়দুনা,
মুন্‌থি ঐগী ইরৌবু—ইমুং ঙান্দ্রিঙৈসিদা,
খম্বা থবাই লৌনবা ননাই ঐবু পুঞ্জগে!!"
লাওজরক্লে শাক্লংবা। শাকবনা নোংবানদো—
"সেলুংবা! নং হন্দোকউ মী পোংদুম লাক্তনবো!
য়েংউ দুদুম্‌।" হায়দুনা থাদোকখরে লাপ্তক্লা॥
যুবরাজনা—"চুমই! পুল্লু ইপু শাক্লংবা!"
হায়রে। শাকুংহনবনা, নোংবান মানা পুল্লবা
থাদোকউরে থৌরীদো—। লৈপাক লোম্‌দা থৌরীনা
শিন্ন-মোম্পাক্লদোগুম থানা পুল্লে। অদুগা
নোংবান মবুক পেন্নবা থৌরী মবোন অমনা,

থুংন চৎলে পুন্সিল্লে। "উরবরা? কোংয়ানবা!
য়ুম্না পুনবা হৌনৈদ্রো। মতুং হৈরগদরা?"
হায়না হংই শারুংবা। নোংবান মানা—"মতুংদি
য়ুম্না তৌরুগদবা কনা নৈতে ঐহাক্কী
হৈরুহুনা কাম্নদে।" খুমই নোংবান অঙোম্না।
শারুংবনা য়েংবদা চিংথৈ হুন্নকদৌরে।
''কোরৌ নংদা ঙাল্লকও! খংগনিদো ঙসিদি।"
শিঙই ভখেন শারুংবা, চিংখু নোংবান অনিবু।
মবুক মুংদা চাকখরে। লাংগোই সয়াং থক্তুদা
সারুংহনবা কাখবে। সামু য়াইশ মাকোংদা—
"ধর্ম্মই মচা অসিবু শিব মক্তি শিররোই।
পাপী' নিংবা থুংনবা চংসি অমুক অনিরক।"
হায়জরুরে শারুংবা। শামু কাতি থারক্লে।
লাংগোই মথোং থাংখরে। কখেন চেগাই সৌসাবা
খম্বা মাবু চিংঙকপা থৌবী তুগা চেগাইগা
থোকই মখোন তরুবই গর্ গর্ লাওন তান্নরে॥
অতৈ নৈপাক মীয়ামদো হন্দোক্লরে।—"শিরনি
য়েংহৈদরে।" হায়হুনা। নোংবান মানা ময়ামদা—
"চৎলববা ময়ামদে?—চৎপা ভাবে সেল্লুংবা।
য়ৈব-য়াওদা হায়বনি; হাৎপ য়াওদি হায়নদে।"
হায়রম্মগা ময়ামদো লোইনা পুমচৎ চৎখরে॥
চিংখু-নোংবান অনিগা সারুংবগা, নৈহৌরে॥
নোংবান মাগী শাগৈশিং থর য়াওবা তুকাওবা,
লমজা খম্বা মহাক্কী মতৌ য়েংবা ঙমখিদে॥
মহোইহুম্থ য়াওখ্রে মুংঙাইখিদে ময়ামদো!!
চংগ্রসম্থ হ'য়হুনা থাম্মুদরে। চিংঙকপা—
থাদৈ-অরাং, থাংজিংবু পোকপা নোংশাবগীদি

এরুখা কাওবা চিংই। মতম সিদা চিংখুবা—
তম্নুম নোংবান অপানবা! শিরবরা য়েংউনা।"
হায়রকপদা নোংবান্না য়েংউবদা খম্বদি
অতুম্বগুম চৎলম্মে। "হীঃ নমাই লমজা সিদি,
শিদে কৈম্ব তৌদেনা। করিমো দুদে নোংবান!
শারুংবা নংদি কম্না পুল্লিবগো!!" হংকই।
"নমাই লমজা অসিবু চিংঙকপগী মখোনমক
গদক্-গদক লাওববু—তারে অসি কাওবদা,
শিদ হৌনজ্রবনি। হৌনদবা হৌনরে।
শিত্রবদি খংবিরো। নপু নমাইবু!!" হায়রকই,
শারুংবনা চাওখোল্লা। চিংথৈ মঙান উরক্লে।
"ইম্নুং মপা চানবা শিরবম্নু শিরগে,
থাংনা য়াল্লে ঐহাক্মু কাত্তি সিনা থিল্লগে।"
খম্বতুম্না শাকংবা নোংবান লোমদা য়েংদুনা—
"ঐনা নংনা ওম্বরা! খম্ব করি লাল্লি হাই!
মূর্খ নংনা বৈষ্ণবপু হাৎপ নতিক ওইবরা?
লাইনা কনবা নংতবা। ইকাইদবা নমাইদো!!
থিনা হায়রে নোংবানবু শাকংবনা। চিংখুবা,
ইকাইখরে তাবদা। চিংখুবদি মতমসি
পুক্লিং হঙ্গানরক্লে। শিহৌররোই হায়বগী
থৌরাং হনবা লৈখিদে। যুব্রাজনা—"ইপুবু!
খোয়ুম মাগা কন্বম্নু ওইরসনু অদুগা,
ইবুঙ্গদি শিনবা কৈথেন্ অসি কারন্দা
থোখো ইপু লাংগোইসি।" হায়রে। শারুংহন্বনা
শাম্ব কারন থৌরকই। কারন থুংলাৎত্রিঙৈদা,
লমজা মাগী মোম্পাক্লুম চৎলম্বদি থৌরীদো,
কথেন মেগাই সৌসাবা অতুম্বদি মচিন্না

কহ্‌পা পুম্নোই লোইখরে। চেগাই মত্তোন কাওরক্লে।
চেগাই সৌসাবত্থনা হকচাং অত্থু খেৎপদা,
খম্বা জ্ঞান-ত্থু কাওরকই। চিংউ খিংবু শোল্লকই
হরি হরি হাররকই। তখেন সারুংহনবদো
মিৎতা শিবু তাত্থনা কপই—"খুমন ইবুংঙো!
হরি শোল্লু মাদনি। খোম্মুম মাবু নৎতানা
উপায় লৈত্রে ঐখোইগী।" হায়না মপাও মেল্লকই!!
যুব্রাজনা—"সারুংবা! মীগী মীচং ওইরেকো?—
করি বানো ইবুংঙো! ঐদি অত্থক য়েরুদে,
খংদবগী লাকপনি খংলবদি কৈদগী।—
করি বানো শারুংবা! শুংঙাইনদে হায়বদায়
মংদে অসাই ঐঙোন্দা?—মানি ননাই হায়খরে।"
অম্মুম দৌনা ঙাংখরে মপু মনাই অনিদো॥
অঙোম মচা ফংতবা অঙোম হায়বা ফংতেদা,—
শিহোৈরোই হায়বগী শামু পুক্লোপ অত্থুদা
লাংসোই তোয়ন খিল্লকই। মোইরাং খোরি কথেন্দো
ঈঙাং পাক্তুরক্লে ইমু পাম্ফেমখরে।
কথেন চেগাই অত্থুনা সদোং সদোং খোৎলক্লে।
থৌরী ভৎপ লোইবদা নাম্থোকত্থুনা তাহৌরে,
নোংমাই মাগী মশাদো। খুমন থবাই মরিদি
লৈবা য়াত্রে চোংথোক্লে। খুমন তারে হায়ত্থুনা
শামু মখোং অত্থুদা অমুক পুনগে তৌবদা,
য়াখিদরে শামুনা মখোং অত্থু থাংগৎলে।
মোংবান মথুং অনিত্থু থায়ত্থুনা শামুদা
লাংসোই ত্থুনা খিল্লকই মখোং মশা পুক্লোপ্তা।
নোংবান মানা লাওরকই-চিংখুবদা—"ইবুংঙো!
নিংঙাই তৌরে শামুসি পুনব য়াত্রে, মখোংবু

থাংগৎখরে।" চিংখুব, শাক্লংহনবা য়েংহুনা।—
"শাক্লংহনবা শংনদি নিংঙাই তৌহল্লমাল্লে,
কাতি থাওনা।" হায়রকই ভক্সিল্লকপা অহুনা,
থাংবা ঙমদে শাক্লংবা কাত্তি-থারে শামুদা॥
মথারোমদা নোংবাম্না মথক লোমদা কাত্তিনা,
শাম্ থাংব য়ারক্লে ; মাহু ফাওব শামুদো,
খম্ব মাবু পুন্নবা থাদখিত্রে মখোংদো।
শাক্লংহনবৈ খুৎতগী কাত্তি অহু লৌহুনা
চিংখুবনা থিল্লক্লে কাত্তি হুনা লৈমথৈ।
শামু অহু কপ্লক্লে—থাংব ঙম্মকত্রবদা
মনাতোন্দু হাইগংগে থাংজিং লাইবু কৌরক্লে—
"মোইরাং থাংজিং লাইওদা, লোক্তাক খুরুম্ তোংবও!
পাঙল তম্পাক কোয়বও! ময়াং সগান তোংবও
কোন্দুম য়াইমরু শিদ' কেগেপোকপা সোম্নারেন!
থাংজিং কোইরেম নিংথৌবা! ঙসি মুমিৎ অসিদা
পিবিয়ুবা ঐঙোন্দা মপু মাগী চরন্দা
কৎচগেদো ঐহাক্লা করিগুম্বা পোৎ 'মতা।!"
নিখ্রে সমু অহুনা। সমু মনাতোন্ হুনা,
থেংনকুরে চরোংকী হাবুং অমা সুন্দগী।
শামু অহু থাংগৎলে—কৎচরক্লে মপুদা!
মিংতা পিবু তাহুনা খুমন থরাই নিয়ক্লে—
''নংনা কুপা তৌবিয়ু কাতি চৈনা খোন্ সিবু
ফাপহনবিনু ঐঙোন্দা'' মপু কুপা ফংখরে,
শামু নাব ফাওদরে। চিংখুবগা নোংবানগা,
অনিহুম্না শাম্বু মখোং থাদৌ য়াদেদো,
হায়বহুগী কাতিগা লাংসোইহুগা অমিনা
থিল্লকপহু, খম্বগা শামুগা অনি অদো,

মামদোমে শোকপদা শামু তনিক তনিকপ্রে ॥
য়েংলোমদা খম্বা মাবু, পুনগে লোংবান চিংশিল্লি,
ওই থংবদু থাদরে। খুল্লুং য়েং হেক থাংগৎখি।
ওইদা অমুক চিংশিল্লি য়েংথংবা হেক মথাদে।
য়াখিদরে শামুনা অপৎপদি লকুপ্তম্
খুমন মশা অতুবু থাংলোক থাংজিন তৌবদা
চুমাং তামে নোংবান্দো। চিংখুবস্থ বায়ক্লে
শামু কাতি থাবদা। কপ্থরেদো সাক্লংবা ॥
ইমুং ঙাম্ফুং ঙাম্ফুংবা তাঙ্গা অদু ওইরক্লে।
অম্ম্ অঙান শিন্নবা মাংওইননা অতুগী,
খোয়ুম ময়াম তিন্নরে। অমাং নৈম পাম্হোইবী
য়াওরে ময়াম তিন্নবদা। খুমন মচা মহাকপু
কামনবা তানরে। কনাগুম্ব। লাই অমা
ঐনা তৌগে ঙমগনি।" হায়খিদরে কনানা ॥
মতম তুদা পাম্হোইবী চোংথোকতনা লাওখরে—
"খুমন মাবু কনবদি ঐগী শরুক ওইজগে।—
করে করে মুংঙাইরে নংনা চৎলো নতিকনি।
কনম হায়না কনগনি।" হংই অতে লাইয়াম্না।
"ঐন্দু ইশামরুদি কন বা ঙম্মোই খম্ববু,
মনেম মচা থোইবীবু থাজিন্দুনা কহলনগে॥"—
"চুম্মে চুম্মে" হায়দুনা থাগৎনরে লাইশিংনা।
থাদোই মায়কৈ পাংদুনা অয়াং নৈম চেল্লক্লে।
মজাইবেম্মা মুমিত্তো ঙক্তা হৌই থোরকই
নামবা ইয়োং সংলোমদা। ইমুং থাংমৈ থান্দুনা
চয়ৈ লোইগে হায়দুনা সেম্মু মপু মনাইদো
হোৎনজরি মতমদু। অয়াং নৈম লাকপদি,
পাংগন থোক্তে ইবেম্মা। তুমদবদি ওইবনা,

তাইবং মাগী মকাদা খোয়ুম মপাও মেন্‌বদি,
য়াখিদরে থোইবীদা। অয়াং লৈমা বাখরে—
"নথংলেদ্দি ইবেম্মা! বহৌরেদা তাংভোইও!
খোয়ুম ইপাও মেনগেদি লাকপনিদো করয়ো!!—
নিত্রা কৌবী ইবেম্মা! ইমা! তুন্দানবিয়ুবা!"
খুরমখরে পাম্মোইবী। নিত্রা লেংবিরক্তুনা
নুরা লবাই কোইরেন্দা লেংসিনখরে লাইরেম্বী॥
ইয়োং খন্তা ইবেন্দা থোইবী খংজিং চিংখরে।
অয়াং লৈম চংতুনা মমা তোন্‌-দি ওইতুনা,
নুরা মাংদা লেপ্তুনা—"থোইবী হায়বী অপংবী!
খংলেন নমান মচাদি মোইরাং খোরী কৈথেন্দা,
নপাংবুংগা নোংবানগা অনি বাতানতুনা,
মোইরাং মচা কুয়াগা য়ৈবা মখৈ য়ৈরগা,
শামু খোংদা য়েংহৌরে লাংগোই খোংদা পুন্দুনা,
কথেন চেগাই সৌশাবা, উপ্ল-তার-উপ্ল-চিং
লোংন-তার-লোংন-চিং, কৈথেম্‌ কায়ন সোম থা,
ইভাং-পাকতক্রুহৌরে—ইমু পাম্ফেম্নহৌরে!
নুঙ্গা খোংহৌ থিল্লদি য়াইবী মাংব' হায়নি!
নংদি কৈদৌরিবগে থিল্লে থোইবী চেল্লুনে।"
হায়রম্মগা পাম্মোইবী মাংথোকখরে॥ থোইবীদো,
মমিং খংবাং পাংথোকই—"সেম্মু সেম্মু অচানবী!
ইমাতোন্‌ চংঙম্নরা?—করি বানো ইবেম্মা!
কদায় চংঙম্নগদগে!!—ঐবু তুম্মু্রবরা?—
তুমদে কৈদে তুম'দগে?—অচাননী নংদি?—তুমদে,
কৈনো হায়রিবসিবো। ইবেম্মম্মু তুমদেনে,
উইরুবগুম তৌবরা অসিদনি করিনো!—
ইমা তোনবু অচানবী চংঙক-অন্‌দে শোইদ্রেকো?—

চঙ্ঙকভেমে ইবেম্মা !—সেন্নু ! লাই ওইব-তাবে !!
নবুংঙো তোনবু, ইতা ! কল্লো সেন্নু অচানবী।
কেগে থোরী কৈথেন্দা। শামু থোংদা য়েংহৌরে
লাংগোই থোংদা পুন্দুনা ইভাং পাক্কক্লহৌরে।
য়াইবী মাংহৌরে হায়নে ! ইমাতোন ওইনা লাকই,
সিমক্তদা লেপ অমই হায়রম্মইমে কয়ম্লো—
পাবুংগা নোংবাম মাগা অনি সিশনি হায়নে।
থিল্লে সেন্নু অচানবী পাবুং লৈবরা য়েংউ।
ইমাশিংগী কা থুংনা—থুনেংশা থুংম্নু থাং হায়।
চেন্সিনখরে সেন্নুনা—য়েংউবদা চিংথুবা
মমা মাপন্‌গী কাদা থিব খংদে লৈতবে।
থুংম্নু-থাং থুনেং শান্নু লৈত্রে। মনিং থোং হাংই॥
নিঙোন কাদে থোইবীবু ভানি হায়না চিংথুবা
থোকথি মনিং থোংলোমদা॥ সেন্নু চেঙ্খোয়কতুনা
তম্মে "ইবেম্মা লৈত্রে।"—থোইবীনা—"সেন্নু 'চানবী !
ঐদি নংবু ঙাইরমোই। হিংঙে সেবা তৌরম্‌গে।
শিরম্মে ইতা নংবু ঙাইরম্মরোই ঐহাক্তি।
ইনম্মদা তাকউকো—ঐগী ইরু থুম্লো-লাও !!"
হায়রম্মগা থাদোইদি নূবা চেন্সিনখিত্নুনা,
পিথ য়িবীনা য়াগ-কা, য়াংলৈ ঙানবী' য়ান-কা,
পাখং-ভাওজিং হৈঙ্গা-কা, মোম্ব, লৈরাং লৈ-চিন-কা,
নিঙোন, সয়াম ভিম্নকা, পনম-হেক্‌মায়-কান-কা ;
মুজা নিঙোন কাদগী নুমা মোলাং থাদগী ;
চাক-শং কাইবী তোনৌথাঙ—থোংত্রেন খীবু কান-থাঙ,
শিংথেম্ব বী হৈসোই-থাঙ ভাওজিং মখোয় লেম্ন-থাঙ,
লৈরাং মখোক কক্ল-থাঙ,—হৈজাং মপ্রাম সোইন-থাঙ,
সনা চাকথাই খিন ব-থাঙ,—থাংজেন থুংশায় কম্‌হুদা

সামু ময়া চনবা থাঙ, সনা হাজং য়ৈব-থাঙ,
লুপা কোংগোল খিন্ব-থাং, খুহুম চাক ৰাই য়ানবা-থাঙ,
মর্য়া য়াংগু লৈব-থাঙ, 'মিংঙোন মাগী ললুন্ থাঙ,
নুৰা সোরি মখুৎশ, পোকপদগী লোয়নবা,
থাংলেন অনি সৎলক্লে। মিত্তা পিবু তারকই—
নিঙোন ঐগী তেংবাংথাঙ, থাংলেন অনি ঙসিদি
পাম্মু হৈনা ইল্লুসি থংলেন খোংগ্ন লিকসি॥"
হায়না সোরি অনিহু সমু খুৎনা পায়খরে॥
ইঙ্কিং কিংই ইরেম্মা! হকচাং তনিক তনিকই
হৈবাং মপুং ফারবী তাওজিং ময়ুন ফরবী
নুৰা সন্না হকচাংদো॥ হুমদং নাওং, ফরবী
শল্লাং পান্দোং নিংথিবী লুতুং তাবা শম্য়ামদো।
শমুন করক্ পুনখরে থাংচেৎ মচি লাংখরে॥
"সেন্নু সেন্নু অচান্বী।" হায়রম্মগা ইবেম্মা!
সোরি অনি পাযহুনা চোংথখরে স্নুমাংদা,
মপায় হোজং পাংহুনা চেম্বোকখরে থাদোইদো!!
কেগে খোরি কথেন পাং নুৰা মায়থোং লৈরকই!!
"লোয়ুম মাঙ্গ পাম্মুবা! থংলেন ঙাইবিরমখোকো!
কোংয়ানবগা পাবুংগা মাঙ্গ থেংনরমখিগে!
মনাও তুংদা তাল্লকই।" হায়না থাদোই থম্মোইদা
মথংলেনবু কৌরকই!! নিংঙোম থৰাই মঙাদি
খোরি কথেন য়োৎখরে। পাম্মোইবীগা নিত্রাগা
সাগন্ পাংম পাংমদা থাদোই মাবু পায়খবে,
সনা খোংনা ইল্লকই!! লোইবী মাগী মথক্কা
ৰাংন-হৌব পামেন-থক শাৎচবৰু লৈবাংনা,
শিঙেন মাবু পাম্বনা পাখং মানা কাহুনা,
লৈরাং মাবু হেকপবু! ফিগাও মুংদা হাপ্পুনা

পূথজগে নিংবনি ; পাখং মমায় ওইজগে,
লৈরাং মাবু পাখংদা কোয়েং থকতা, নায়দা,
থেংন পুগে লাংবনি !! পাখং খুংতৈ লৈরাংদি
পাখং ফিগাও য়োৌদানা নাম্থোকতুনা তাখরে।
লৈরাং মানা মপান দৈ লৈন-নোংদোন-থকতুদা
শিঙেল মকোক ঙাওহনা তারকপদি লৈরাং ও
নালেম থক্তা য়োবদা শিঙেল লৈঙং কায়রক্রা !
লৈরাং লৈনা তেক্লক্রা !! লৈরাং ওইবী থাদোইদো,
শিঙেন মানা তৌবগুম মালং মমাং থাহনা,
অরা' মপোং ফাহনা চেংখৎলক্লে ইবেম্মা !!
থোইবী মাগী অরাবা মৈশা লাংগদৌরিবা,
কেগে খোরি কথেন্দা ইঙাংপাক্তক্লরিবা !
লমজ্জা মাবু লাকচবা থৌদৌ অসি উবদা
মহৌশাদি কৌজবি লাইবেম্বীদি রাখরে ॥
সংবায়বা মায়থোংস্থ পুমশং সংবা শয়াংস্থ
মায়থোং তাইফেং তাইখরে—সয়াং কংম ফাখরে !!
মুজা মশেন ওইবগী নূবা ঙাংঙোই মসুংলাং,
বাখিবমা লাইরেম্বী মায়থোং ঈবু থাংদরে !!
কুপ্লে লু-দা উন্দনা, মুংঙাইখিদবহুনা,
চরম্ মালম কংখরে, ঙসি অহিং অসিদা।
ফাইরেম থাগী পূর্ণিমা থাজ মায়থোং মরুকই,
য়েংহৈদরে হায়হনা নোংচুপ মায়কৈ পাংহুনা,
কেগে খোরি কথেনবু থাজ তুবং কাল্লমই।
থাজ মানা চংখিবা নোংচুপ চিংদোন রায়দৌরে ॥
"লৈমরেন লাংঙন চংখোনবী নূরা ঙাঙোই,
মাঙ্গ থরাই কঙ্গৌকো।" হায়ন খোর পিনবা;
খোয়ুন মমায়বনা লাঙনরকপা অহুবু,

তাগ্রে থাজ মহাক্ন, থাজ হন্ন মেংবকই !!—
"মোইরাং তম্পাক য়ুমদগী খোম্বি কথেন পাংহনা,
মুজা ওইবী নহাক্না থাংচেৎ মচি লাংহনা,
সোম্বি অনি পায়হনা, মুতুং তাবা শয়াংবা,
নিরু-চাইস পাইরিবা; চেল্লকপগী শম্ হনা
মুক্ন হৌব নোংদি ওই। অমুবদি শমহনে,
লৈহাও কুচু মানবনে অরংবদি থাংহনে,
কুইন হৌব নোংলকতা নোংথাং লৈম-লেপ্পনি।
নুরা বংবু কনানো? খোয়ম কনায ছায়ওমো?
থাজ ঐনা ঙিংবনি, ঐনা উথি অহুতৈ,
চিংউ মহাদেবগী মনেম্ মচা ওইবিরা?
কোরৌ নোংমা নহাক্না, ইরোই ওনবা ঙিংচাব,
মাবু হাংপ ইবেম্মা! তুর্গা কৌবী নহাক্না?
মাংব তারে ঙসিদি মোইরাং হাযবা লৈপাক্নি!
লমজা মাবু লাকচবা তুগী লমন খুম্বিগে,
লাকপিরবোই তুর্গানা, মানি হুতৈ অহুনি।
কেগে নোংবান্, চিংখুবা অনিতুদা লোইবিবো।"
হায়না থাজ লাওরক্লে কোরৌ থক্তা লেপ্ না,
শক গুনগা অনিতু উরকপদা থাজদো
লোইদাম মাবু মুনথরে থমোই ফাওবা নিক্থরে !!
নুরা মজা ইবেম্মা থাদোই মানি হায়বদো
থংখিদরে মুমিত্তো থাদোই শক-তু উবদা॥
খোইবী মানা চেল্লকপা অমম্ অঙান্ শিন্নবা,
পুর্ণিমাগী থাজগা কোরৌ খৌসিন্নরকপা
মতম তুদা থাদোইনা মোইরাং খোরি কথেন্দা;
ল্যাখোঙ শা-দি লুরাংবা পিশিন্নাইনা লমকেংপা,
য়াইশ-মথং-খন্ বদো, লোইনোম ফৌগোং খিন্ বতম

য়াখেন্-তোপ্প হেনব শা; লুকা ফবা শায়না
উরে মুবা লৈবদো মাংওইননা থোইবীনা॥
শামু মশক উবদা মুংঙাইতবা মৈ অদো,
নুরা চিন্দ থোকখরে-"সাবী মাঙ্গ পাম্মুবা
মনাও ঙাইবিরমখোকো! থংলেন নদোম চৎকেরা!
মনাও লাকএ ইবুংঙো! মাঙ্গ কাদা খেৎপদো
মনাও সোম্রি ইখুৎস্থ' লাল্লু চোমাই লৌরগা
লোয়ুম লুখা থানগে! কেগে মচা লৈরম্মু।"
মুবা ঙাঙোই লাওরকই। চিংখুবনা তারক্লে।
মোইরাং অচং অওক্লা য়েংথোরক্লে মপানা।
"থোংঙাক অশি থেম মকোই মুংওন মচিংজেং তুদা,
মোংদম! পুংগোই খরদং ঙাইবিরমখো মনাওবু!
মনাও লাইবক চাওবীবু ইঙ্গরকই পাম্মুবা!"
থোইবী হন্না লাওবদা মচানি হায়বা খঙেঙ।
"কনা তাকউরিবনো মাঙেঙ কল্লো।" হায়তুনা
চিংখুবনা কুমথগে শামু কুল্লু হায়বদা,
নিঙাই তৌবে শামু-হু কুম্মু হায়বা য়াদরে।
থোইবী চেন্সিল্লকপনা হাপ্লিক্লবতুদা,
শামু নাতাল অদোমদা কুমথখরে চিংখুবা।
'শম্বা লম্বী য়েংতুনা কেগে চৈরাপ পাংতুনা
চেন্সিল্লক্লে চিংখুবা! থাদোই হেঞ্জিল্লক্কনা
চৈরাপ তাবা লম্বীদি নুরা মানা য়ৌথরে।
লম্বী উরকত্ত্রবদা চিংখুবদো ইশিংদা,
চোংথখরে লানখরে। মোইরাং চৈরাপ মঙ্গুংদা
চেন্সিনখরে মপাদি। মাঙ্গ মঙ্গুং লাংলীনা
থাদোই লৈবা য়াখিদ্রে। চেন্সিল্লক্লে চৈরাপ লোম।
চৈরাপ খোংজাও চেশিনগ্রে। থোইবী চংব য়াদরে।

"পাবুং লৈবিহোৱোকো! নমাক হৈনা ইনশ্রগে।
সত্য সাখী ওইসনু।" লাওজরমই মচানা,
চিংখুবদো বাখরে। "থোক্ল খামসি কদায়নো,
থাংনা য়াল্লকবরা, খুমম মানা শিরম্মো,
ইচা শিব তারেকো।" খল্লুবদা অসিগী
মুংগোই পুক্লিং লাংহৌরে। থাদোই মমাই লৈরক্লে॥
শামু তুনা লৈরিবা খোরি কথেন পাংতুনা
নুরা তম্না চেম্সিনখ্রে। খম্ব হাৎনিংখিবনা
থাদোই লাকই হায়বসি নোংবান মাদি খংখিত্রে।
খোয়ম মাগী নোংদম্না সুম্না থোকউ তমখ্রংবাই!
নুরা তুনিন চংতুনা থাংলেন মখুৎ শ-তুনা
কঁরি য়াল্লুত্রবনো। মুংঙাইতবা মৈতুনা
হেনখিবনা তৌরবোই নোংবান মশক উবদা—
"পাপী নোংবান নৈরম্মু! শামু সেনবা য়ানবা!
ইমান লুখা থানগে।" থাদোই মানা চৈক্লরে॥
নোংবান মাদি খম্ববু—সিহৌররোই করম্মো!
ইনুং ঙাল্লে। হায়বগী লাংগোই নোংথাং কুপ্পগুম,
নিংঙাই তৌই হায়তুনা শাওরি খিল্লি শাবুদা॥
থাদোই-মশক উবদা খংপ্রেং খংই নোংবান্দো।
"ছিঃ! মজাইবেম্মনিমা!" হায়রমই, নোংবান লাওরে।—
"নুরাও ঙায়ু ঙায়ু! নোংদম ইনেম মঁচাবু,
মুজা পুক্লিং শাওগনু! ঙসি কৌব কোরৌদা
নোংয়াই য়াইবী মাঙেঙদো! ঐগী লৈরাং ওইখিরো!
নুবা পুক্লিং কায়রনু মুজা পুক্লিং হোঙঙনু।"
নোংবান য়াবা তাবদা—"কেগে নোংবান অপানবা!
খোইরাং নোংবান কোংয়ানবা! মুখী' পামদ মীপাও থোক!
খৈন য়াংকোক সেগাইবা! পুম সংবাই নাতৎপা!

য়েন কাংক্রম মকোন-থোক! নোংবান নংম্না ডাংঙকপা,
পাপ-লংজবা নচিনগা লোইনতুনা ঙসিদি
লাম্মু চোমাই কক্কুনা মাঙ্গ লুখা থাগেদো?
ৱাংলেন মীকুপ অমতা থোইবী য়েবু ডাইরম্মু।
নোংবান খুৎতা পায়রিবা তনবা খুৎলাই অতুনা
নংনা ঙম্মে থোইবীগী য়াইবী নংনা লৌজেদো!!"
হায়না ঙাংথক লৈতনা চেন্সিল্লক্লে থোইবীনা।
হলোইদৌরে হায়বতু উরবদা নোংবান্দো,
সেন্দ্রা রোমদা চেল্লক্লে। কংগ্রি মথৈ তাম্নগে,
হায়রতুনা ইবেম্মা থাংচেৎ মচি লাংনদি
নোংবান মাবু তাম্লরে। অয়াংবদি নোংবাম্নি
কংগোইদবা উবদা কান্নদরে হায়তুনা
লৈতোং 'মদা চোংথললে। থাংদা সৈত তৌরক্লে—
"থাং নংনা নোংবানগীদি ঙকশম তোংদমককউকো!
চিংউ থাংজিং কোয়রেল-লাই থোয়ুম কুপা তৌবিয়ু।"
হায়না ছোরি হুল্লক্লে। লৈমেন লাংওন চংথোনবী
থাদোই মাগী থাংহুন্দি, হুনগ্রবদা শোইদ্রবা
পাম্দ হৌনগ্রবনি, পাল্লবদা শিদবা
শোইবা য়াত্র' সোরিনি। লংঙকইবা থাংতুনা
অপাইবগুন চেনগ্রবা পম্নি অমা ফানিংচিং
হেনখরবা নোংমানগী ঙকশম্ ৱায়ন-ৱায়নদি
তাম্নরক্লে ছোরিনা। মুপী থাংহুদ শোইবগী
থোকপ নত্তে মাসিদি, নোংথাংগুম্না থাং-হুম্বা
পাইসিনখরে। নোংবানগী ঙকশম্ মপা চপচানা,
ময়া লৈসিল্লকপদা থাংজিং লাইনা উখরে।
লমজা সেম্নরম্বদে থাদোক্লম্মে থম্ববু
থাংজিং চেন্সিনখিহুনা থাংনা নোংবান ঙকশমতু

কংগদবদা খুবী অমতা ঙাইরবদা,
খুত্তোকখরে সোরিদো। থাংনা হাইথখিদুনা
শোইকদবা ওইবগী নোংবান মাইম ককখ্রে॥
থাংনা মালেম থকতা তায়। শিরে হায়না মোংবান্দো,
হন্না য়েংই হুদগী খোংকাপ কালৈ হাপখরে,
শিরে হায়না চেনখরে। "ঐগী থাংহুন শোইবদি।"
হায়না খোইবী শাওদুনা অমুক হল্লকপা থাংহু,
পৃথিবী মাঙংদ্ তাক-অম্দায়—সংঙাই সেন্না পায়বগুম,
তা[illegible]লে [illegible]হুনা অনি সুবা থাংহুনা॥
থাদোই চেন্থিকতুনা অহানবা থাং খুনখ্রে।
পাইসিখিবা থাংহুনা নোংবান ঙকশম য়েংবদা
থাংজিং মানা ঙাকইবা উরবদা থাং অদো,
নোংবান মাগী মশাদো অহাংবদি খিরকই।
থাংগী গুন-হু উবদা থাংজিং মানা—"হিঃ মাংঙে!
নোংবান শিব তারে।" হায়না থাংগী মাং-মাংদা
মোংবান মশা খুম্মকই। থাংমা ছিত্র খিবদা
মোংবান মাগী মশাদো থাংজিং ওইন উখরে।
"অতৈ শিত্র ফংদরে নোংবান মখোং ককেদি।"
হাইথরক্লে থাং অদো। খুজেং অনি তুহুনা,
ককে হায়জিল্লকপদা খংতোরক্লে থাংজিংনা,
নোংবান গুজা ককখরে। নোংবান থবাই পুহুনা
মিহুন নমদা পোহুনা শিরে হায়না চেনখরে॥
"মোংবান পুন্সি লোইত্রিবোই" খল্লহুনা থাদোইনা
খুনগ্রে থাংহুমস্ত্র যুক। মোংবান মামা থাংলিদি,
য়াম্ন মর্কস্ত্র পায়খ্রেদা খন্থি নোংবান চেনখন্দি॥
মথংলেম্না ভাবিবা শারু লৈব মায়কৈদা
থম্বাল মায়খোং থায়ক্লে। "পাপী শারুংহনবা নং

লৈরম্মুদো খংগনি।” হায়না থোইবী চেনসিনখ্রে ॥
সারুংহন্নবদি, খম্বা লমজা পম্ন-লৈরম্মে।
নূম্না চেঙ্গিনখিত্নুনা সারুংহনবৈ মশম-বু
থাদোই খুৎনা পায়খরে। সারুংবনা—“ইবেম্মা!
হাৎলগন্দ্রা ইপুবো ?—হোয়-হাৎলম্নি নং ঐনা।—
বা মত্তদি হায়খিগে, চেনব-মী নত্তে ’পুদি।
খোয়দো পায়দুনা ইন্দ্রি কাদ্রবদি—ইবেম্মা!
সিদৈ পুংগোই ঙাহাক্তং! থাদোই লিশিং লাক্কুনা
মাপ্প নংগী অঙাংসে পাওমেন্নবা য়ায়রোই।
মচেম, চাওবা, থোংলেনবা, লাক্ক্রি ফাওবা অসিদদি,
থোইদো থাব-য়াদেকো! মুজা নংবু তাহৌকো,
হাৎলু ইপু [illegible]ংদ্রে শিব কিবা মত্তেদো!
চিংথ্রবদি ন[illegible]বুং অঙোম নোংবান মচাগা
মা[illegible] ঐখোই, খুমন্ হিংঙরোইদনি ॥
ইপু হাম্না খংদেদো। নপাই ’বুংঙো লাক্কুনা,
অথেংবা ইম্নুং দুদা—‘মোইরাং খোরি কৈথেন্দা
নপন্ ’বুংঙো নিংথৌগী মংগোন ওইনননবা
য়াইশ মথং খন্বদি য়াওনা ইন্নাৎকদবা,
মপু নিংথৌ য়াথংনি’ হায়রৈ ননাই ইপুদা।
অহান্বদা ইপুম্নু য়াদে নাতৈ চাদেদি;
কম্থংনরে বাফাওবা। কুমশি অসি লৈপাক্কী
ময়েক নাইবা খুন্নোই মাহু ’মগা হান্ননা
তান্নৈ হায়নৈ. অদুগা কেগে মোইরাং অসিদা,
নপা নপম্ব অনিতা মঙাইবগা ইপুম্না,
নপাবুংগী বাহুবু থাজরুরে ইবেম্মা!!
অহমকপু ইপুম্নু নিংকোক নিংকোক মথোকই।
ইপু থেংনরুবদা খুমন অঙাং অসিদি,

খোরি কৈথেন ময়াইদা সেগাইরবা লৈরাংগুম
তারহনা লৈরম্মে নিপা কুন্থ্রা নিফুনা
হায় পংয়ে য়েরবোই !! নপাই বুংঙোনা 'মুক্না
ইপুই মাংদা খুমনবু অঙাং মচিন হংঙকই।—
'লমজা মচা নহাকপু ইচা কাদা য়েংলম্মু,
নতাও নোংবান মাঙোন্দা খুরমহনা কংথোকও।
সরা থবাই কনবিগে। নৎত্রবদি ঙসিদি,
খুমন থবাই লৌরনি।' হায়না হংবিরকপদা,
খুমন মাদি খুমথিন্রে। নোংয়াই মানা নিংবদি—
'লৈপাক মৌয়াম চংহনা থবাই মাংলগবরা
নিংউববু হৌজিক্তি, মনাও 'বুংঙো লেংঙক্লে,
শারুংহনবা উজরে হিংজরনি' নিংউবোই।
নপাবুংগী য়াথংনা অমুক হেন্ন কনখরে।
খুমদবদি খম্ববু খুম্মু খুম্মু হায়রবদা,
খুমন মানা—'নমাই ঐ কেগে চৈরাপ তিনবদা
নিংথৌ নচিন-ননাওগী সনা মাংদা খুমজগে।'
খুমই নোংয়াই মহান্না। খুম্মু হায়বা হৌজিকমক্
মপুই য়াথং অন্নাকপা তারবদা খম্বনা
নোংয়াই খুম্ই—'ইবুংঙো ! নজাইবেম্মা অহুদি
ইচন ইচা থোকচদে হংবিগনু ননাইদা।
নূরা মপাও হংবিনু।' অসিনচিংবা হায়জে।
'লমজা নংনা ইচাবু ঙাওহনবনি অহনা
লৌররোইদা মহায় ইচাই মচিন হংঙরোই।'
হায়, নপা ইবুংঙোনা ! অঙাং মচিন হংঙকই-
অঙাং মানা—'ইবুংঙো ! নোংবান মাদি নচানা,
হুগুম-খা কৈগুম শিল্লি, ঐনা হৌজিক থাদোকউ
লৌররোইদি ইম্বোকউ। পামজদবা নোংবান্দা

মাইথুংবদি তারবা মতম হুদা নূরানা
পাম্‌জবা নোংবান্দা লৈগদগী শরুকতি,
ঙমজররোই হায়রম্না—নূরা সোরি মখুৎ-শূ
খুহ্নম চেৎন পায়হনা থমোই লকা তুহনা
ইমু ফীরাক শেৎখরো, য়াইবী থবাই মাংখ্রগা,
সুপী হাৎপ প্রাপ-তুবু ঙম্মোই পুবা ঐহাক্তি।
থাংলেন নখুৎ শূহনা ঙক্‌লম্‌ লুরেন শোইবীরো।'
হায়না খুম্মি খম্বনা। শাওখিবনা পাবুংনা
চোংসিন্দুনা থাং-হনা য়াল্লুবদা অঙাংবু,
নপায় থাংহু ভেকখিদো।" হায়রে সিদা থোইবীদো
ইন্দ্রি ফুরু ইবেম্মা! মিংস্না থম্বান মামবীদি
পিনা পুম্‌থুম থুমহনা হিক্‌-হিক্‌ হিক্‌ কপ্লকপা,
য়েংবী ঙমদে শারুংবা। সারুংবনা—"ইবেম্মা!
থাংনা য়ানবা চংদরে—লাংগোই খোংদা পুল্লুদি
হায়রে। নোংবান মহাক্না পুল্লি নমান অসিবু।
মতৌ অসি উবদা লাংগোই অসি পুহনা
চেনগ্রসিন্না য়াওররোই খল্লুরেদো ইপুস্থ!
ঐনা হুন্দোক্লম্মগা শিরগত্রা থন্দুনা
হুন্দোক্করে। ইপুস্থ নোংবান, নপা ইবুংঙো,
অসি মীচং শাহনা য়াওরে ইপু মাহদা!!
নোংবান মানা মথোংনা কাওই লাক লাক্কন্দি
পুল্লকই লাংগোই খোংদ। খুমন চরম শোকপগী
সোর থিংবা ভাবদা—খুমন মপা হাক্কী
হুংঙাইতবা মলোমনৈ। ঐ পুনগে হায়জিন্দুনা.
নোংবান মাবু ভাম্নোকই। খুমন সোর হোনফমহু
থাদোক্কনা ইপুনা নোংয়াই মাবু চিংবদা
কথেন চেগাই মরক্তা, শোক্তনবা য়ামনৈ,

পুল্লি ঐনা থৌরিহু !! নোংবান পল্লৌ অনিগা
মান্নরদি ইপুনা নোংয়াই ইন্নি ওনগ্রনি,
নুরা উররোইদনি। অসি নৈবা থিবিক্সি,
থাজররোই হৌজিক্তি। তুংদা খংবিরক্কনি।
বিচারনা লোইদ্রিফাও ইপু চেন্নোই ইবেম্মা !
নোংয়াই মানা করগা রাইশংনা হাৎতোকপিয়ু।"
হায়না শাক্লংহনবনা তৌরকপদি উরকপা,
থাদোই কাদা ভম্খরে।! সাক্লংবা মরা তানা
থাদোই মানা পেনখরে !! "ইবুং কৌগে নম্নুনা !
ইপন মনাই অঙম্বা ! বারৌগম্নু নহাক্লা॥"
হায়রম্মগা থোইবীনা—অঙাংবা চিংহুম তাগুম্,
ঈনা পুম্নুপ লুপ্লবা খুমন হকচাং অচৌবা,
উফুল রাইফুল লৈতবু—মুরায় মতম্বাক্-তুদা
লশিংগুম্ন পমখরে !! মুরা মমিং অমিদা,
ওরো-রো তারে পিমা ! খুমন মাগী মায়থোংদো
য়েংবা ঙমদ্রে থোইবীনা। 'ইংবা নৈখা মুংদগী
হৌজররকপী থম্বান্না লাইজ থক্তা শাৎলকপা !
অইংবদি খেঞ্জোংমা য়োম্মে হেক্লে, পুবক্লে,।
কোরৌ মৈনা য়ৈগনি লৈবাং মনা খুইগনি,
খুম্নবিবা থম্বানবু ! মতুংহুদা খনখিদ্রে।
যজ্ঞ কুণ্ড শারবা মৈনা পুমঙাং ঙাংবদা
লৈরাং মাবু হুম্বু-গুম থাদোই মাবু চাকখরে।
মমিং কুম্বী মায়থোংহু খেগুম লাংনা কপ্রুনা—
"লোয়ুম কৈদৌরবগে ! থাজ মানবা মাইথোংবু
লাংসিনববো; ইবুংঙো ! ঐ লাকচরে থোইবীমি
ননাও লাইবক থিবিনি ! পাংব য়াখিদরবো !
থংলেন নংগী মিং অদো ! অমুক্তদি কৈদৌগে !
!

য়েংবিয়ুবা ঐহাকপো। অতুম্বগুম লৈবরু
কন্নি ওইরসিগেনে ননাও ঐবো ইবুংঙো!!"
হায়না থোইবী কপ্লক্লে। সাক্লংহুম্বা কপখ্রে,
খুম্মন মাদি লাইখরে মুরা য়েংবা ঙমখিদ্রে॥
মোইরাং লমজা অহুনা কেগে খোন্নি কথেন্দা
'মুনবা মরোং কেনবগুম মুরা মাগী ভম্পাক্তা,
মুরা মানা লমজাগী রাজখিবা থোইবীদো;
কেগে হায়বা লৈপাক্তা মপন্ নিংথৌ ওইরিবা
যুব্রাজনি মপানা, মপা মপন অনিনা
অনি অহুম স্নুদবা মথক্তম্মু পোক্তবা
মথাদম্মু তাদবা মোইরাং হায়বা লৈপাকতা
কোন্ন তাগে মনিং তৌ শাংন তাগে মখাতৌ
হাইন হুন্না পাল্লিবী মজাইবেম্মা মহাক্নি।
মপী লৈজদরবা সনাউনদি ভৌবগুম
মউ তিন্ন চিক্লবা লৈরাং মাদি ওইহুনা,
কেগে খোরি কথেন্দা লৈরাং খুইরুম চনবদি
খুমন্ মাগী দমক্তি তোনখরেদা থোইবীদো!!
লফু মতুপ নদোগুম তানা লৈখ্রবহুদা,
মুজা জ্ঞানবু য়াওখিদ্রে। "থংলেন ভাইখিররোইদ্রা।"
হায়রহুনা থোইবীদো—থনুং নোংখোংবগুম্না
মজাইবেম্মা কপখরে। স্নুন্না থাদোই কপইঙৈ,
মনাই সেন্নু থুংঙরে। মবুংঙোনা, সেন্নুদি
উতুপ তাব দোগুম্না লৈরম্মহু উবদা—
"ননাই সেন্নু লাকচরে কৌবিয়ুগবা ঐবু!
মুরা মপু ননাইনা হুন্দোকপিন্নু ঐহাকপু!!"
নোংয়াই মখোং কোন্দুনা নোংখোংবগুম কপখরে!!
"তম্মুম সেন্নু ইতারোই লাক্লবোইরে নহাক্সু!

য়েংঙো মাঙ কানিদো, শিন্নৌ লশিং তিন্-শুন্না
কাংখোন য়াইপ্পী পাবম্বক ভেন্না মোলাং তাইখাংনা,
য়াতাবদি তোকতুনা কথেন চেগাই মথক্তা,
চরৈ 'মতা য়াওদনা তুম্মিবসে, ইতারোই!—
কৈদৌবগে ইবুংঙো! অমুক্তদি য়েংবিয়ু!
কৌবিয়ুবা ননাওবো। লোয়ুম তাখিত্রবরা!!"
থোইবী সেম্নু অনিনা কৌজরকই। খুমন্দো
সারুংবনা থোইদোঙ্গু ফাররকপগা, মন্নরনা
খিংগায়রকপত্তুগী জ্ঞান-তু লাকই। নোংয়াইনা,-
"নপু ননাই লাক-অব্রা?" হায়না খোজেন শিক-তরা
পুকচেন চাওনা কৌরকই। হিক্ক-হিক্ক—"ইবুংঙো!
ননাও ঐখোই লাকচয়ে! মিৎসিবু পাংব য়াব্রা?—
য়াদে মজা ইবেম্মা! ঈনা ফাজিল্লমাল্লে।—
তয়ুম সেম্নু।—ইবেম্মা! নুরা লমথাং অতুনা
লাইজ খর লৌকয়ো। থিল্লে সেম্নু পুরকউ।
'কংব ঈসি নপথোক্সি!" হায়রে সেম্নু চেনখরে।
চরৈ লমথাং অতুমা লাইজ-পুন্না লুপ্লকই॥
মপু মনাই অনিনা নপথোবকই ঈ অতু,
অয়া মথে কামথোকই উফুল য়াইফুল পকপতু।
অকংবা ঈ পোপহল্লে, মিৎতু পাংবা য়াররক্লে,
নুরা মপু মনাইবু খুমন মানা য়েংঙকই!!
"নুরা মপু ননাইবু উবসিদি সুংঙাইরে।"
হায়রুবগা খম্বনা অমুক লৈন-য়েংবদা,
উখিদরে অমদি। থাদোই মানা—"ইবুংঙো!
ইনম্মা ইবেম্মদি, তায়মখিরোই, অসিবু—
ননাই সেম্নু থাতুনা কৌহল্লসি হায়বরা?
ননাও কম্‌দো হায়বগে?—ইবেম্মনা খল্লগা,

মনাই সেন্নু থাগত্রা !" হুম্না তাকপি থোইবীদা।
থাদোই মানা -"ইতারোই! চৎলুগবা ঙহাক্তা।—
চৎলে মনাই ঐহাক।—ইবুংঙো! কৌরুখিগে ঐ,
খুমন নচেম ইবেম্মা লাকত্রিফাওবদি হুম্না,
বারি ভৌবিরমখোকো ॥" হায়জরমই। সেম্নুদো
চেংগৈ রোমদা পাংলকই। থাদোই মানা—"অচানবী!
কুপ্প কপ্প চংউম্নু কপ্প মা-ভাংউগম্নু,
পাখৎকনি ইনমা !" হুম্না মেল্লে থোইবীনা !!
নূরা মাগী মনমথাং চরৈ লমথাং অতুনা
খুমন মাবু য়োম্বনি।—"ইপু মুমিৎ মঙাল্লি।—
ইপু খনগে ইবেম্মা।" হায়না শারুংহনবন,
চৈ থরদি থিরুবে। মকোক্তগী কোয়েৎতো
লৌথোক্তুনা খনজরে॥ সেম্নু মানা চেনখিবা
মতম অতু থম্বুদি তরা থোংব লোইরম্মে॥
মতু নিংথৌ লমজাবু করিগুম্বা লাকপরা,
হুম্না য়েংনা লৈরমই।—"খুমন 'বুংঙো ইচেম্বু,
নোংয়াই পাম্বোম চোংইদো! তোবুং লমদম অতুদা
লাংগোই মানা শোক্তুনা য়াইবী মাংবরা নংবো
খুমন নংগী দমক্তি তরা থোকই ইচেমদি।
থম্বা লৈতরবদি মাংঙেদকো ঐহাক্তে।
তরা থোংইবসিবু মোংয়াই কনা চাবিনি॥"
কল্পমই লমজা থম্বু! সেম্নু লাকপা উবদা—
"সেম্নু নং লাকইবরা?—ইচে ইবেম্মা লাকই।—
কোম্নুংদৈরা?—করিনো, কপ্পিরম্মিবসিবো?
কপকম্নু ইবুংঙোদো, কৌসিনবিরে সংগাইদা
কোম্ন চৎসি হায়তুনা। তরা হানিরহৌরে।
পাও হাম্বরু লাকচবনি। চারবদি য়াম' ফরে;

চাত্রবদি চাবিরো !!" হায়জরুরে সেম্বুনা ॥
নোংযাই চম্বু মচেম্মা—"নবুংঙো উত্রি মথৈ,
ইচেম চাক চাজখিরোই। সেম্বু নংগী নপাওসে,
থুন্‌ব ওমদে ইচেম্মা। কৃপাহু লৈরবদি,
কৌরোই অহিং থেংবদা তাং তৌহুনা কৌবহুম
মাল্লি, খুল্লি ইচেমদি। শেংনা হায়ু ইবেম্মা,
নচেম ঐগী ইকাদা মীনম্‌গম্নুকো" হায়রে।
থুম্ব ওমদ্রে সেম্বুদো—"ফরে চরৈ হোংবিরো !
তরা থবা পুবিয়ু।—সেম্বু কৈদৌবরগে ?—
মোইরাং খোরি কৈথেন্দ্‌, য়ৈরম্মে, থিনা য়ৈরে ;
শিব মচেং খারুদি হিংহৌরি। নচল সিঙ্ক,
ইবেম্মা ইবুংঙো লাইকম্মরি॥" হায়রুবে।
খম্ব লেপ্লম্বদগী কোংয়াং রাশাং তুবগুম
হাইথখরে রাম্বরে। লাইজ খর খিকপদা
সেম্বু মানা খম্বদো হৌগৎলকই থিল্লমদে
চহুম অমা লৌরগা নূরা মক্ষী হোংখিদে,
মহু নিংথৌগী বাবা খাম্বী হুনা চাক্লবা
তাংগোই ওইনা খম্বু কৌবী মুজাদো
মৈরী হুগা ম্নংশিংকা লোইনহুনা চৎপ-গুম,
পুক্লিং পুময়াং য়াংহুনা চেঙ্গরক্লে লমজাদো।
লাইরু-সংগী থোংজি ফাও হাইজিল্লমদে খম্বদো।
মনাই সেম্বু কৌবিনা লোঙ্গরমই থোং-অহু।
নূরা মানা চেল্লকপা উকথু উকথু তুরকই।
মুজা থবাই মঙাদি খোরি কথেন য়োৌখরে।—
তাওবা হুইনা কোয়বহু মপী ওইবী মানদি
অথাম্নদৈ উজব', মপী ওইবী অহুনা
সম্নাউ নাক্তা ফুজিনব; ফুজিনবগুম ফুজিনখি।

লমজা মাগী ফীজিগী মচু নিংথৌ লম্নিদো,
খম্নু-ভাইবং পানবগী মুমিং-থাজি খম্বনা,
মুজা মাগী হুকচাংদা থবাই ওইবা মৌপুবা,
খুমন চমু য়াইথিবী নুরা মমিং অনিগী
মিৎকী মনি মিংনহা মচু নিংথৌ খম্বনি।
খুমন মানা ভুপ্রবা মোইরাং খোরি কথেন্দা
মতম অচু মচেমদি মমিং অনি উখিদ্রে।
থবাই য়াওদ-হৌনবা চৎপ য়াদ্রে মশাদো।
মোইরাং খারি লম্‌জাওদা মুমদাং অচু খম্বগা
নোংবান মানচিংতুনা ময়াম থেংনখিবগী,
খুমন মাগী শমদুনা খুদাপ খুদাপ তৎতুনা,
শমদোং শমদোং ফক্তুনা তারম্মিবা, অমদি—
ঈনা ইঙাং ঙাংতুনা মতুপ মতুপ তারম্বা!
চরৈ ফীজেৎ কযামা সেগাই সেগাই তারম্বা!
থেংনথরে লাইরবী। শম্লাং কয়া খুপ্পরে,
খম্নু লমজাও অচুদা লোইবী চিংনা ননখবে।
"হা অমুদোন অমুদোন! শাজো ইচেম ঙাইরমখো!
উম্নথিসি ইচেম্‌গা! পলেম পম্থৌ অনিগী
কোলোই মুনা তাকথিগে। খম্নুং লমশাং চৎপদা
তবা লাম্নকনিদো, লাইজ ইখৌ লাংগনি।
ইচেম তবা ইনথিগে।" হায়না কৌখি মৌপ্‌বাবু।
খম্বান কৌবী নৈরাংনা নৈবাং চোইনা তাবগুম
কেগে খারি লমজাওথক্ হাইহৎ হাইহৎ তুখরে॥
খর চেল্লি হেক্তি ভুই অমুক চেল্লি অমুক-ভুই।
খোরি কথেন য়েৌনদি লমজা খম্নু চেল্লক্রে।
খব চেল্লে হায়রগা কথেন ময়াই তুদগী
লাংগোই য়াইশ উরকই, চরৈ ফীগৌ খনবদো

নুম্না মিৎতা উখরে! খম্ব জ্ঞান্দি মাংখরে।
'ইপুম্না লোইরে হায়বা নিংবা শেংঙে" হায়দুনা,
মোপ্‌াই নাক্তা য়োম্রিঙৈ তুপ্রে খম্ব য়াম্মপ্রে॥
সেম্ম তুংদা ইম্লকপী লাইজ খয় লোম্নুনা,
নুরা লরাই কোইরেন-খক্ খম্ব মাবু চাইজরে।
খম্ব অমুক হৌগৎলে—"খুমন 'বুংঙো তোমপোকও!
পম্মো' শাব সংগাইদি শাজো কৈদৌববগে?
খম্বা! ইচেম লৈহৌরি, খম্ব্রবরা নহাক্কে!
মোইয়াং খোরি কৈথেন্দা খোম্মেন তুমখুম্লিবরা!!
শাজো ইচেম লাকএদো॥" হায়না খম্ব চেন্‌শিনখ্রে!!
খুমন মাবু মচেম্মা—"তোলেন! ইচেম লাকএদো।
শাজো কৈদৌরবগে? শাজো মচেম ঐবুদি,
কনা য়োকপি হৌগম্মি!!" হায়না খম্ব, মোপ্‌াগী
চিন-দু পুমউম্ উম্‌দুম্মা মুবা মচিন অদুনা
চুপখ্রে নোংয়াই মচেম্মা!! হুইগুম শিং এংগোই মায়,
মদু নিংথৌ কোকবে!! ইচেম লাকএ হায়দুনা
খম্বা হয়াওরম্মদৈ. "খুমন নংদি—ইচেম্ম,
নোংয়াই কনা য়োকপিনি!!" হায়খিবদি মচেমগী,
মবা অদু তাবদা-খম্বা জ্ঞান—'মুক মাংখরে॥
মূর্ত্তি অমা হোংখবে—মতমদু লৈমরেম্মা,
খোয়দৌ ফারি খম্বগী। তরা ইন্‌ব-য়াখিন্ত্রে,
য়ারি খোংজি চিকখরে, মচেম' কৌবা তাখিন্ত্রে!!
মতম অসি য়োবদা খম্ব লৈবা য়াখিন্ত্রে।
কেগে খোরি কথেনগী উফুন মথক অদুদা
তিম্মোক য়াংদৌ চোংবগুম থরো কাংক্রুম ওম্মুনা—
"খুমন নংবু ইচেমগী সমু নমদা পোদুনা
চৎলকপনি অমুদোম! হাওব-য়ুমথুং থিবদা,

মপো থোকী মপো থোক্ নোংম্নাই পোগে ইচেম্মা।
ইচেম নংগন অসিদা কোম্লো তোলেন্ হৌগৎলো !!"
হায়না খুমক লকাবু মুজা খম্ব নোইম্বনা,
পৃথি থক্তা খুৎনম্ কপঞ্রে খম্ব লাইরবী।
থোইবী লৈব-য়ারক্তে, সেন্থু মাম্থু কপথরে !!
ইম্বুং মমৈ বাইরবা কোম্রৌ মানা ভাল্লকপা,
কেগে মোইরাং লৈপাক্লা হৌনরকস্রিভৈসিদা,
হায়নরিবদি লমদমগী শোম্ররিবা লৈরাংদি
থোইবী খম্ব সেন্থুনি, ভান্ন-ফবী থাদোইনি,
ইংনা লেম্বী খম্বনি। থুম্ন গুনদা বাৎভবী
থোম্থুম লাংওন তেংবাংবী মনাই সেম্থু কৌবিনি।
থম্বাল অহুম অসিদি শিঙেন মচু হায়বদা,
অঙাংবম্থু, অঙৌবা, অশংবনে, মচুগী
লৈরাং অহুম শাৎপনি পুম্রি চাওগোই অমদা।
সিনা হেন্নি লায়বদা হাইঙমদবী মক্তনি।
মুজা মাগী মপোক্তা মপুম্রোইবা অহুগী
মমন খংবী মহাক্লা কায়নরম্রা খম্বুনা,
কায়নরেদো হায়ভুনা মবুংঙোগী বাবনা,
কপচবদি মহাক্লা, মুজা ওইবী মহাকী
অৱাবদো কন্দনা য়েংবা পুবা ঙম্নদে॥
থুংম্রবদি থুংনরে, কাইনবম্থু হৌনৈদো;
থুংনমক্তি নত্রিগৈ অপাম্ মুংশি লংনদি
তংকদবা থৌম্নী ওই। মুরা পাথং ঙক্ভুদা
লিপক্ শাগুম খুখরা, থৌমী মানা উইবনা
থদৎপদি ঙবদনা, মাপ্প মাদি কায়রকপা,
য়েংহৈদেদো মতমদো, খুমন মাগীদমক্তা
কপখিবদো থাদোইনা মোইরাং থোরি কৈথেন্দা !!

অনরোমদা অবাবা মবুং মৌপ্‌া কায়নবা
মুংঙাই য়াইফ পাল্লম্মো হৌনৈ কায়নবঙাল্লি !
মচেম মচন অহূগী বান হৌনৈ বাবদো
উন হৌনৈ বাশম্নু মুংশিদে হায়দে মুংশি !
হান্দক মোইরাং লমদমদা থোক্‌-অরিবা অসিদি
য়েংহৈদবা অমগুম্‌ মুজা কাদা থোক-অরে !!
লৈপাক য়োকপা অঙম্বা লাইবু হেন্না মুংঙাইবা
হুম্বা মপা মমানা পোকপা অঙাং অনিনি ।
থাবুম অহুম সুবদা হন্দোক্লম্মে মৌপুবা
পলেম পম্মৌ অনিনা । মপা মতোন মাগীদি
হন্না য়েংবা উখিদ্রে । কেগে লমজা সারা ওই,
মহু নিংথৌ পোহনা লৈকাই পোম্লাং খায়হনা,
সমু খুবাক মরোনবু কৈরোই কৌসু লংবদা,
হুরক্লবী মুজানি ! মহুনিংথৌ কোনবদা
ইন্নুং তুম্মক্তবনা নূরা মমি শাম্মবী,
কেগে খুল্লক চেনবদা খুয়া লোঞ্জা পারবী
নারা মবুক থম্নবা লরাই ফৌগং পুবদা
মুজা লরাই পারবী লাইরবীদি মহাকনি !!
বাসা য়োকচরকপনি । তরেৎ সেংগাও মুং হুদা
উপু চাজুম মুং-দদা লোৎচরকপা মরল্লি !!
মহু নিংথৌ অহুবু অঙাং গুন-দা, বাচদা,
কেগে হায়বা লৈপাক্তা মীথোই মী হেনবহুগা
পাম্মুবদৈ পাম্মুবা মুংশিবদৈ থোইরবা
থমু কৌবী মচেমগী মহু নিংথৌ খম্বনি !!
তাঙজিং মপুং ফাহনা মচিন তুম্মখংলকপদা
কেগে খোরি কথেন্দা তারহনা লৈরম্বা !!
থাদোই লাংওন চংখোনবী মুংশিরবী নূরানা

থুমন মাবু পম্লম্বা, খম্ব মানা উরবা !!
"খম্বা মাংবা ভাবেদো ইহু নিংথৌ কায়নরে"
হায়না কপ্প শকতবু য়েংহৈদরে নুমিত্তো !!
অমরোমদা সেনুবা মবেম্মগী অবাবা
উরুবদা কপইবা ! মবেম্মগী মবুংঙো !
মহাকীম্ন মবুংঙো ! কায়নখ্রা খম্ববু
শিরগনি হায়বগী মনাই ওইব শিংহুনা
মপুন্নীদি প্রেম-হুনা কুপ্লহুনা কপ্লকপা।
"লমজা ওইব তোল্লিদা" হায়না খম্ব তেংথাবা;
"হা অমুদোন অমুদোন! নোংয়াই নংদি ইচেমগী
সেবা তৌনি হায়বদায় ॥" হায়না খম্ব কপ্লকপা!
খাইদৈ ইতোপ তোপ্লবা মবুং মৌপ্‌া কায়নবা!
তাংন থোকপী পুকচেনগী মপুরোইবা সেংনবা!
লুনা নিংবা মমাইগী খমোই কায়বা তেংথাখোন
মপু মনাই কায়নবা;—অম মক্ত তাবদা
থমোই পুবা ঙমদবা ঙসি মোইরাং কথেন্দা
তিন্নে মখল অহুম্না। অবাবগী মথক্তা
অবাবদি হাপথরে।—পামেল মউ লিংবদা,
লোইবী মশা কনবদা মালং থোংগাও কমবনা,
য়োৗরবদি অমনি। অবাবগী খোম্লোকতো,
অকিবস্নু রোইগনি। অবাবদি নংইবা
অবাবগী অবাবা অউবমা উবদা,
বারিবগী শক্ওংনা অবাবহু হেম্লল্লী।
লৈরাং মতম ওইবদা মতিক মতাং চাদনা,
থুমন মাগীদমক্তা অন্তে কনা উরক্তা,
নুবা অহুম অহুনা ইরম অহুম ফাংলবা
গংগা ইচেন ওইনদি, পিগী কংবা লৈতনা,

খুমন মাবু য়েংঙকপা ! নোংয়াই মাদি খংখিত্রা,
হংবা হায়বা খুমখিত্রা ! য়েকশিন্নুরে য়েকপদি,
য়েংবা ঙমত্রে খোয়্মশিং, মুক্তা অহুম মত্তৌদো !!
মাগী মাগী য়েংবদা মুবা অহুম অত্থম্ম,
মরা-নংদি ওইখরে, অইং অশা মায়থ্রে !!
থরাই য়াওদ' হুকচাংঙুম লৈরসম্ম অহুম-সি
খংদনম্মু অরাবা। অইং অশা খংবনা
থরাই লৈরি-ওইবগী রাখিবদি কনাদো ?
অহন মতম ওইবগী অরা অনা নংতুন।
সংসারগী হৌনৈদো খম্ব থমোই কল্লমই।—
তুরেন লাইজ ইহৌবা ! তোর্ব্বাম কনবা তুখল ওই !
লাইজ পুন্না চাক্তুনা থম্বদগী, তোর্বান্না
লাইজ-'তুনা হেন্দুনা অকনবদি তোর্বান্না,
নিংথায়তুনা লাইজনা অকিবগী মশক ওই,
চেম্বরকপা অত্থুগুম, তথেল শারুং হনবদো,
খাংবা যেংব ঙমখিত্রে অরাবদো নুরাশিং
লৈরাং অহুম অত্থগী। লৈরাং শুইবী অহুমগী
থমোই লকা মুংতুদা চংথ্রে অহুম থোক্তুনা।
নোংয়াই মাগী খনবদা রাখিবনা শাওরক্লে।—
"পুরেন ঙাঙথরৈম-ও ! কোয়ৌ নোংথোং হাংতুনা
কুমথরকও নহোই-'নি ! চুংগা তা-গা পায়তুনা,
লাকচবসে নচাবু, নোংয়াই লমন খুম্মরো !"
হায়না কৌথ্রে কপথরে !! মোইরাং খোরি কৈথেন্দা
মীকোক মরি অসিনা রাখল ইভিন তিরদা,
খুমম মাগীদমক্তা থম্মুং মৈবু হৌখরে !!
উতুপ তাঙুম তাহনা নোংয়াই মাদি লৈথরে !!
অহল ওইবা হৌনবা বুদ্ধি তাবা হানখরে !

"লৈরাং ওইবী অহুমক্ নহোয় কপ্প তারগা
রাব তাগে খম্বদি ! নখোন তাহল্লমুসি !
খোয়দৌ ক্ষাবা য়াররোই তুমিন্স লৈস্থু।" হায়দুনা
অহন্ মপাও মেন্ খরে। নূরা অহুম অত্তুদি
তুমিন তুমিন লৈনরে॥ পুংখাই মরুম লৈনরে।
"খুমন মামা কৌরকই—নোংয়াই জ্ঞান-তু তারক্লে,
শারুংহনবা মহাক্লা মন্ত্র খিংগাম্লদুনা !!
"ইচেম হনবু লৈতরা?—ইচেম লৈনে ইবুংঙো !
নংবু কৈদৌরবগে?—ইচেই শক তু উবদা,
মুংভাইরুদ্রে ঐহাক্তি !! ইচেম চাক খিত্তা ইনগে?—
চাকপুম্ ইন্ বিরম্নু, মকুপ্ ওইনা তৌবিয়ু !!"
হায়রবদা, খম্ব না—শায়রে তরা চখোম্ 'মা.
মচেই চিন্না উমহুনা মহু নিংথৌ চিন-দুবু
তরা চইন্ তমজবে॥ মজাইবেন্মা থোইবীদো,
মিংত্তা পিবু তাখরে মথংলেনবু যেংঙগা—
"থংলেন মাঞ্জ নহাকপু ! তাবিয়ুকো ইবুংঙো !
কংতবগী মচানি ! য়েক্লবগী মমোমনি
খনবিগম্নু ঐহাকপু ! মপোক থিবি থোইবীদি
লোম্বুম নংবু কিজরে। মাঞ্জ পুক্লিং অত্তুদা
শাওরিগত্রা হায়দুনা !! ননাও খুংনা শোকপদা
শোকউবদি প্রম্বদো হু-বু ওইনা খল্লম্বি
পম্মৌ' তৌবা দোষনা !! নিংবিগন্ন থোইবীবু !!
ঙসি কৌবা কোরৌদা পাপ চেল্লবী থাদোইগী
ইখুৎ সিনা মাঞ্জগী তরা মচেং অমত্তা
ননাও চইন্ তমজগে, থংলেন পিনবিয়ুবা !!"
হায়রক্লে ইবেন্মা ! সম্ব য়েংলোম থংবনা
মথংলেনগী ওক্তা কোল, ওইরোম থংবা খুংবাংনা

থাজ মায়থোং খুমহনা, মাঙ্গ মাবু শোক্কনি,
তম্পাক তুদি লেংদানা; তাওজিং মপুং ফাবনা
সনা হকচাং ওইরবী হকচাংতুম্বু লেংহন্দে।
মাঙ্গ মাগী মথক্তা তরং লাইজ তাগনি,
অসিমগা থন্দুনা সনা মায়থোং অহুদং
ঙকশম লৈথোকচহনা য়াবা থোন্দি থোক্তনা
কপ্লে থমোই কক্তুনা। নিংঙবখিদ্রে ইবেম্মা !!
খুমন মাহু তাবদা—"করি ৱানো ইবেম্মা !
করি থন্‌বিরুবগে !! কোংয়ানবগা পম্মোগা
অনি সিনা ঐহাকপু মুংঙাইতফম লৈতেদো !
ইবেম্মবু লমজনা থাদোক্লিংদবদগী,
নিপা নিফু মঙাগা নোংবান খুৎ-লিঙঙহনা
য়ৈরম্বনি ঐহাকপু। ঐনা তুরবা তুংদা—
মপাইবুংঙোনা কোম্ম, সমু থোংদা পুন্দুনা
চিংঙম্বনি ঐহাকপু। পম্মৌ সনা মাংদম্মু
থাদোকচদে নুবাবু ! ৱাখন অমা তৌবিন্নু।
মজাইবেম্মগী কাদা লমজা পুক্লিং মক্তিদো !!
তরা অহু ইনবিয়ু। নুরা নংদি ইবেম্মা
খোযুম লাইগী মচানি বিষ্ণু মাগী থারানি।
ঐগী 'ৱাবা কোকচগে ইনবিয়ুবা তরাদো !!"
হায়জরকই খম্বনা। খুমন মবা তাবদা—
"তরা খুর ইনম্মা ! শায়বিয়ুবা অতুগা
নচন' খুংতা হাপ্লিয়ু। ঐ অমুক্তা ইঙ্গগে !"
হায়জবদা থোইবীনা. খম্বু চাক-তু শাইরগা
শিন্নবিয়ে থোইবীদা। থাদোই মতম্বাক্-তুদা
লাইরবীদি খুংতুনা মহু নিংথৌ ঙকৃত কোল,
থাদোই মথুং অহুনা লাইরবীনা শাইজবা

তরা লৌর লৌরগা লোয়ুম চিন্দ-ইনখরে।
"মাঞ্জ! ননাও ঐহাক্না, খংলেন কাদা কায়দবা,
পাম্ব লম্নান চাদবা, হিদেন অনি তাদবা
নিঙোন মক্ত ওইরবা লোয়ুম চকম্ ওইসনু !!
পাম্মু পাঙ্গল ওইবিয়ু।" হায়না থোইবী বাশকই।
খুমন খুয়া অহুদা সেম্মু কৌবি নুয়ানা,
থৌগন তৌরি মতমদো। "লাইজ খর ইন্সিদি",
হায়জরকই থোইবীনা। খুমন মানা কৌরকই—
"নুরা সেম্মু ইবেম্মা! লাইজ খিৎতা ইল্লুবা!!
হায়বিরকই। সেম্মুনা—"ননাই ঐদি মীশাইনি।
ইতিক ওইদে তৌবনি—করি বানো ইবেম্মা!
নুরা নগ ইবেম্মা। থাদোই মগী কাদবু.
লৈরাং লৈচা নাইবরা, হৈরাং মন্নুং খাইবরা!
করি দৌই হায়বগে!!" বারম অহু তাবদা -
"নুরা সেম্মু ইতারোই! ইবুংঙোগী য়াথংনি।
ইল্লো ল্যাওনে মরুপ-লোই!!" হায়বিরক্লে থোইবীনা॥
খম্ব, খম্ব, থোইবীবু মুংশিবগী প্রেম-হুনা
নুরা মরেপ থুম্মবী মুংশিবনে, পেনবনে,
নুরা মমিং অনিদা তরং লাইজ সিম্ফখি।
লাইজ খর লৌহুনা খুমন চিন্দা ইঙ্গরে।
লাইগী মচা ওইরবা নুরা সেম্মু কৌবিনি
মানা ইনবা লাইজনা শিদ-হিদাক ওইখরে।
সারুংবনা মিহুন-কা, তরা অহু ইল্লকপা
মুযং অহুম অহুনা। লাঞ্জদবী থোইবীনা
বাশক্কুনা ইনবনে। খুমন মাগী থোইদোদা
তরা অহু তাবদা মীহুন্ মকম্ খুদিংদা
মিহুন মপুং হুনখরে। পাংগন শাম্ব কঙখৎলে!!
কথেন পাম্বান মক্কবা মীগী মথৈ তানরে।
মুমিং হুন্দোরকপদা কৈবো হায়না য়েংনরে॥

মোইরাং মীয়াম তিল্লক্লে। খুল্লক্ পাওদি অত্নুনা
কেগে লৈপাক শিনখরে॥ "লমজা খম্ব কৌববু
সমু থোংদা য়েংলম্মে লাংগোই থোংদা পুল্লম্মে।"
হায়না মোইরাং লৈকাইদি নিপান, কেগে লাশুংদি
মাপম লৈপাক পুংজাওবু খিনবগুম্না তানরে!!
অঙম অথৌ অপুম্বা হীঃ হীঃ হায়না ঙরুরে।।
থাংসু হৈবা মথৈনি চেম্থংনগ্রে কথেন্দা॥
শারুংবনা ময়ামদো অয়াক্ অয়াক্প মথৈ
"কেগে চৈরাপ য়ৌখরো" হায়না লোইনা থাররে॥
চৈরাপ মীনা চোল্লক্লে—অবাৎপা মথৈ তুনা
লৈকাই লাকপা থাত্নুনা তক্খৎলক্লে মীয়ামতু॥
"মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা মপা মচা অনিদি,
তায়রিনি মশানি" হায়রত্নুনা কনানা
ভাকউদরে অতু ফাও। ফৈবোইজাম্বা সেলুংবা
লৈথাক কোম্মুং কাবগুম কাখৎলকই অমুকতু॥
কেগে লমজাও অসিদা ফৈবোইজাম্বা উবদা
য়েংনৈ শংত্রিক সংত্রিক্লা মীনা ইলাং লাংনবি।
"ঙসি নুমিৎ অসিবু ঐবু সংত্রিক য়েংবনে
মীনা ইলাং লাংবনে।" সুম্না থগ্গানত্নুনা
কোম্মুং তম্না কাররকই। খোরি কথেন য়ৌবদা
তৌরিবতু উবদা ফৈবোইজাম্বা ঙকখরে।
খম্ব ম'বু য়েংত্নুনা মজাইবেম্মা থোইবীনা—
"তাদ লাকএ ইনম্মা!" তাক্লে। খম্ব কপ্পুনা
মীয়াম ময়ক ভুদগী চেনথোকখরে তুরুরে
নুয়া ওইবী খম্বনা মাঙ্গ মাগী কাত্নুদা—
"চাদ-মীরাইরববা য়াথং 'মভা পিবিয়ু।"
হায়না মখোং কোন্দুনা ওয় থোইনা কপউরে।
তুনা হেন্না ঙকখরে—"কৈদৌয়গে ইথেম্মা?—
খুমল লমজা ইপ্বাবু! শামু থোংদা য়েংলম্মে,

লাংগোই খোংদা পুন্দুনা, উপ্প তার উপ্পচিং
লোংন তায় লোংন-চিং—কথেন চেগাই সৌশাবা,
সোম্ব-কারম খাদুনা ইঙাং পাকতরুখরে,
ইশু প্রাক্ষেমরেদো। থোয়ুম মানা তাকুবা
থাদোই মানা থেংনৈ হায়!! লোয়ুম য়াথং পিবিরো!
সান-লাংজেং মমৈ বাই, ইপা তুংবু ইনশ্রগে।
খুমন নসেন পোত্থুনা হাওব-য়ুমথুং থিগ্রগে।
মাঞ্জ য়াথং পিবিরো!—লমজা করি বানোদা!
খুমন চমু য়াইথিবী, নোংয়াই চমু পোঞ্জেম্বী!
সেম্মৌরেন-'বুংভো মাঙেঙা তোম্পোক কম্বি বানোদা!
নুবা লমজা ডাইখোনে। হাঃ অমুদোন শাজোবা!
—করি বানো লাইরবী!!" হায়রম্মগা মবাইনা,
লমজা মচেম খমুবু কৈরোইজাম্বা খুৎ ওইনা,
ইম্থোক্লম্মে। খুমন্দা কৈরোইজাম্বা চেন্সিনম্রে॥
"মোইরাং তৌব-ঙমইদা, থবাক চুং ওইনগেদো
পাম্বোম তাওইনরগে, ইপা চাওব লৈম্বিতৈ,
ইমান থোংলেন শিদ্রিতৈ! সি-য়ৌথ্রবা ইসেনবু!!
কৈ থংই, তৌবিবসি।" লাওই কৈরোইজাম্বদো॥
পাম্বোম অনি লোন্সিল্লী, মসেল লোক্লৌ কোল্লুরে
কৈরোইজাম্বা মবাইনা—"খুমন ইবুংভো নংদি!
ইমান সংগাই মুংত্থুদা কৌব ইনুং তুমখুনবা,
পাথং মীকপ তানবদি, ইমুংত্থুনা য়ুম্মল-ওই,
তেকরা-সুজা নমত্থুনা, কেগে খোরি কথেন্দা
য়াতারিবরা নংদে!!" হায়বা কপম্রে। মবাই-খোন
তাবদা খুমন' লাইরবনা—"ইবাই লাকপিরবরা?"
হায়রম্মগা খম্বদো য়ারি খোংজি চিকখরে।
মুংভাইখিদবমা খম্বা তান অমুক মাংলক্রে।
সারুংবগা মবাইগা অনি চংনা হোৎনরে

খম্ব জ্ঞান হু তারক্লে। "ইবুংঙো! কনানো?—
ইবাই! কনা ওইরুনি,—নোংবান যুব্রাজ অমি
অসিনা তৌরিবনি।—য়াম্না ফরে, তৌবগা
ঐনা নিংঙম্বসিগা চুমই তৌবমগনি।
মমান খুংলবগনি, মমিৎ পেম য়েংঙনি,
কুম্নে তৌনি বাক্রমু।" হায়রিবথরে মশেন্দা॥
মবাই মমা তাবদা খুমন, মাম্নু মচেমম্নু,
খাদোই মাম্নু ময়ামদো থৌহু মাঙম পুক্নিংহু
ঙম ইরুম লুমরে। কিনৈ থোংলেন মাবুদি
তাকউদরে কনানা লৈপাক লোইনা তাখরে।
লৈপাক পুম্বা খায়খি—"তাকউম্নু থোংলেন" হায়না!!
চাওবা মাম্নু লৈখাক্তী অয়ুক কোমুং কাবঙম
মচাই তুংদা লাকপদা মীনা ইলাং লাংঙমই,
য়েংনৈ সংত্রিক সংত্রিক—লমশাং অহু লাকপদা।
দোলাই থকতা লাকপনি ঙাংউ হংউব হায়মু,
চাওবা মশক উবদা থৈদোক্নবা 'ঙম্বনি॥
অঙম্বা মানা লাকপা খোরি কথেন য়োঁখরে।
সমু য়াইস উবক্লে মীয়াম অহু উরক্লে।—
"কৈবোইজাম্বা! কৈদৌরে!—নখাক অঙাং খম্বনি
তুরিবসি ঙসি 'হিং, ইসেনবু শামু থোংদা
য়েৎলম্মে লাংগোইখোংদা পুল্লম্মে, শি' দৌবদা,
মজাইবেম্মনা, খুমন মবানয়াইদা তাক্তুনা
ময়াম লাইকমরম্মি। য়াওজরম্মি ঐহাকমু!"
হায়জরকই। মচাগী চাওবা মাহু তাবদা,
মোইরাং চাওবা নোংখোম্বা চোংথৈ দোলাই থক্তগী—
"মুংঙাইরেদা হাই!" হায়রকইদো চাত্তবদো।
চাওবা তাংথক লৈত্তানা খুমন নাক্তা চংঙকই।
মখৌ 'বেম্মা খয়ুবু উরবদা চাওবনা—

"ঐ চংলক্কে।" লাওরকই। খুমন মানা মবাইদা—
"ইমান লেংলক্লবরা ?—নকু লাকএ ইবুংঙো !—
লেংসিনবিরক্লসু, কেগে চৈরাপ য়োনবা
লেংবিরম্মো অহুগা নসেম ঐগী লংজিন,বু
থিবিনবা ভৌবিরু করি তৌরে করনি,
হায়বিখরো ইবাইনা।" হায়না খুমন মপাওবু
মবাই কাদা মেলক্লে। মাবু পোকপা চাওবদা,
মসেন মপাও তম্মু,রে। "চৈরাপ্ত লেংবিরম্মো।
হিদাক লাংথক লাংবিয়ু, ইসেন লাকচরম্বগী
তোনৌ লংলা লংজিন্দুম থিবিরম্মো।" হায়রক্লে।
চাওবা দোলাই তোংথিরে। মখোংনা হুম্ চেনখরে !!
চাওব শাওমনথিবনা চৈরাপ ফুজিনথিবদা
ফী ফী কামই সোরদো॥ মমিৎ অনি লৈরকই।
খুমন সেগাই 'থক্ত,দা মাইরেম মপান শাৎপগুম
পুরুং লংই মমিৎতু। চাওব মশক উবদা
চৈরাপ চোন্না ফম্বদো তুমিন, তুমিল লৈনখি।
ময়াম হুনা—"নোংখোম্বু ! লাক্সি লাক্সি" সিদগী
কৌবদগী হেন্নদে॥ চাওব মানা—"ঙসিদি
ঐদি থেংনা থোকউরে। ঙনখরেদা ময়ামদি !
মনাও 'বুংঙো লেংথোক্লে !" হায়রহুনা চাওবদো,
মৈবু ইশিংনা কুপ্প মতৌহুগুম ইংথনা
লৈপাক তুবু খুরমই মনাও 'বুংঙো খুরমই॥
চাওবা ফম্ই ঙাংঙক্কে। মসেম মবাই ঙাইখরে॥
অমরোমদা খম্ববু "ইবুংঙো ইবাই পোগে ?
য়াগদরা নহাকপো ?—য়ানি ইবাই 'বুংঙো।"
হায়না খম্বা মসেনবু, ফৈরোইজাম্বা পোরক্লে।
খম্,বু সেমু অনিনা য়াম্বরিবা খম্বগী
মখোং অনি পায়খৎলে। খুমন মাগী হুমাইবু

থাদোই হুমজরহুনা চৈরাপ তাম্না কাররক্লে!!
মোইরাং চৈরাপ থোংজিন্দা চরৈ অমা থাখরে
চরৈ অমা কুপ্পু্না ঈদি তক্তে শিঙ্খৃল্লি
খুমন মাবু থাখরে—মবাই নাক্তা লৈহৌরে॥
মজাইবেন্মা থোইবীনে খুমন চম্বু খম্ব্নে
অনি অহু চংখরে। মহারাণী চোরোন্দা,
কোংয়াং বাদি বাচৈশ্, চৈশ্, লৈদা তাবগুম্
নূরা অনি ভুরুবে। সনা য়াথং—"ইবেন্মা!
ইমোম নহোর অনিবু কৈদৌরগে হায়ুবা।"
তাকপিরকই মমানা। খম্ব্ মখুৎ লোম্বে,
সন্-শা লৈদ কুন্দুনা।—"পলেম ইমা ইবেন্মা!"
হায়রল্লগা খম্ব্দো নাতোন নাকচি অনিদা
সনা কোংকুপ চাইবগুম হুনাং লৈরিক কাখরে,
ইন্দ্রি মরাং হৌখবে; এচন মনিং অনিদো!!
খম্ব্ মাবু উবদা মাংলমচংকী বাহুবু
মহারাণী নিংশিংই। মনাও পোকপা থোইবীগা
নুরা লমজা অহুগা অনি মতৌ উবদা
মুংগোই পুক্লিং হুখরে। অরাবদি শকুক্নমহু—
উকবদা মমানা হায়হন্নিংবা বাহুবু
লাইজগুম্না থৌরাংই হায়জবদি ঙমদবা
মিংত পিনা থনখিবা হিক্ল হিক্ল কপ্লকপা
য়েংঙমদবে মপুনা—"ইমাখ 'বেন্মা হায়ুনে
লমজা কৈদৌরবগে?—পলেম ইমা অপোকপী!
ইহু নিংথৌ লমজাবু; ঙরাং ইমুং থেংবদা,
মপু থৌগন চংকনি হায়রহুনা চংচখি।
লমজা খম্বা লাক্তবে। পিনবিয়্ ইমানা!!
হায়না কপই খম্ব্না। মহাবাণী ঙকখরে,
তাবমদল্লি রা অসি। খম্ব্ মাবু য়েংহুনা—

"কয়িনোনে ইবেম্মা! ইমা নরোন থংদরে।
শেংন হায়ু ইমাদা'!!" থাদোই মানা থুম্মুকই,
কপ্পই লমজা খম্ব্দি—"ইমাইবেম্মা অসিনি,,
ঙরাং ইমুং থেংবদা দোলাই পাবা থাতুনা
সনা য়াথং ভোবুংদা চৎলু হায়রি হায়নদি
কৌবিরগা লমজাবু। সনা কোমুং য়োদানা
লম্মথাংদা নয়াবু ভম্বা ঙাংগোই লিক্লাংদি
চোইনা তান্' লৈরম্মে; পাম্থোইবীনা তাক্তুনা
মমোম চৎচখিবদা। ইঙাং পাকৃতক্নরম্মে;
ইমু পাম্ফেল নরম্মে, শামু থোংদা য়েংতুনা
উপ্প তার উপ্পচিং, মোইরাং থোরি কথেন্দা
য়াইবী লৌগে তৌরম্মে, কোংয়ান বগা পাবুংগা
পায়ম লৌতুনহুনা! খোমজিল্লরে লিক্লাংদো!
মোইরাং চৈরাপ থোংজিন্দা থাজরম্মে লিক্লাংবু।
ননাই ইচম ইখিংনা সগোন শংদা লৈজরি।"
থাদোই অসি হায়তুনা শেংদোকই থোইবীনা॥
"কুরি বানো" হায়তুনা মহারাণী মমানা
চিংবিহুনা অহুমদো লাকএ মোইরাং নিংথৌদা!
থোইবী মাদি কপ্পনা মরোল লৌবা য়াদরে।
"খম্ব্ কৈদৌরবগে?" হংবিবদা নিংথৌনা,
হিকপগদি কপ্পনে সোর ফুঞ্জিল্লকপনা
বাহু মতেক মতেক ওই শমজিন্নবা য়াদরে॥
য়ারোইদবা উবদা মপু সনা চোরোম্বা,
মহারাণী ইবেম্মা! পোয়মু কুদিং ফুবগুম
লাংবন উৎ-তি কম্ববগুম নুরা অনি মবাদো
হংগৎখরে নিংথৌদা!! "য়াইশ মথং থুনববু
পুথোক্তুনা অহিংদা মখাই খম্ব কৌববু
চিংখুবগা নোংবানগা পায়ম লৌতুনহুনা,

লাংগোই থোঙ্দা পুন্মুনা হাৎকে থৌরাং তৌরম্মে।
সনা য়াথং শাহ্নুনা লমজা খম্বা কৌথোকউই!
শিব মচেৎ শুইহনা কেগে চৈরাপ থোংজিন্দা
লৈহৌরে হায়বে। অসি তারকপদা নিংথৌদো,
সুংগ্নাইখ্রিদ মৈহুনা তাংবন থক্তে তাদৌরে।
লৈব লাকপ ঙমখিদ্রে! তাংজ লৈদা লুকখরে!!
তুমিন ঙাহাক লৈরগা—"ক্ষবে কৈরোইজাম্বা
মপা চাওবা নোংথোমবা অনি থেংনশ্রবদি
বাক্নরম্নু। ইনাইদো খুমন লমজা ওইবদো
শিদুবদি ওইসনু।" হায়না তরং লাইজহৌ
খমুং মৈগুম শাখরে। মনাই খম্ব অহুবু
বিষ্ণু বোব পিখরে। "ইনাই পুরেনবা—মপা,
নোংগাশ্রবী মমানা কোরৌ নোংথোং হাংহুনা
যেংইনিকো মচাবু! ঐবু বারৌরহিনি!!
ইমোম খম্বু, নহাকপু মোইরাং নিংথৌ ঐসিনা
লোয়দাম থাবুম অহুমদা খুমন কায়দ চংখিবা!
ইমোম নংবু ইপানা মীবাইবগুম থোকউবা!
খুমন মাবু ইপাম্বা থৌওইদবা থোকখিবা!
পলেম পম্থৌ অনি পিশক পিক্না খনম্বা!
থিরুদ্রে য়োকপিরুদে—অরাবনা লেল্লগা,
থেংনররে হান্দক্তা নপাংগন্না চাওবগা॥
'সিগী সুংঙাইহৌদবা বাহ্নিঙৈ থিরুদে,
সুংঙাইত্তান লৈহিঙৈ, ইচা অনি কাসিদা
পম্লেম পম্থৌ মরুমদা ইকাইহিঙৈ মথক্তা,
শাগ্নী লমচৎ, ইচাবু কনা লৈত্রে উগ্রবোই!
নিংথৌ ঐনা লৈবদি নচিন নৌপুহাই কাদা
লম্নানবদি তাম্রবোই।" কপখ্রে নিংথৌ খমোইদা!!
মজাইখেম্না থোইবীগা মচন মনিং অনিমা
কৈরোইজাম্বই মরুমদা সনা য়াথং হুজিনখি।

# শমুখোংগী বিচার

খম্ব খোইবী সেম্লুনে নুরা অহুম অহুদি,
লৈগ্রে সগোন শংহুদা। মনাই মশন খয়না
হোৎনহৌরে খম্ববু। ফৈরোইজাম্বা মবাইদো,
মসেন তুংওইনরম্মে। কেগে চৈরাপ তিনবদা
লৈপাক মাংদা চংলক্লে। কেগে চৈরাপ তিনবযু।
খুমন ইসেন খম্ববু ঙসি ইনুং 'থেংবদা
লোম্ন কৌথোকপিরগা য়েবিরম্মে তেংতম্না।
য়েরগদা তোকতরে।—মথং খন্বনিংথৌগী
লাংগোই য়াইশ পুথোক্লে। সম্ব মথোং অহুদা
য়েবিহুনা তুরবা অঙাং মাবু পুল্লগা,
মোইরাং খোরি কৈথেনগী চেগাই সৌশা মরক্তা,
উপ্ন তার উপ্ন-চিং লোংনা তার লোংন-চিং;
ইঙাং পাক্তক্লরম্মে ইমু পাম্ফেন্নরম্মে।
ইসেন হাৎকে তৌরম্মে—মোইরাং মীশক খিবিযু।"
লাওরে ফৈরোইজাম্বনা॥ খুমদে কনা অমত্তা॥
ফৈরোইজাম্বা মুংঙাইতে। "করিনোদা! তাবিব্রা?"
অমুক হম্না লাওরকই। অহু ফাওবা খুমখিব্রে
কেগে চৈরাপ অহুদা মোইরাং কনা অমত্তা।
"অঙাং মুপী খংনবা, রাতা'বা রাম্থ নত্তে;
তাবিদবসি করিনো?" হায়না অহুম্লক হম্না
লাওরে ফৈরোইজাম্বনা। কনা 'মত্তা খুমখিব্রে।
ফৈরোইজাম্বা শাওহুনা—"লৈপাক য়াওর ঘোইরেদো
করে, নিংথৌ হংগৎকে। খুম্বিরন্নু লৈহৌরো।"

হায়না মফী কন্দুনা মমাই লৈথোকখ্রবা ফাও,
খামদ্রে কনা অমতা। মপা চাওব নোংথোম্বা
খুমই তাঙ্গা অসিদা –"মোইরাং মচা কনানো?
মনাও 'বুংঙো ফাম্মৈং, চৈরাপ তিনবদা,
খুমদ্রে তুমিন তুমিন ম'রমু! নফী নরোন কন্‌বদি?"—
"ঐনি কৈরোইজাগনি। দুদি করিগীনোনা?
অশিব'মা পোক্‌না পুরক্লগা চৈরাপ্তা,
পংলম্‌ও লাওরবহুদি? ননাই ই.সন খম্বনি।
মপু মোইরাং নিংথৌগী লাংগোঙ্গ য়াইশ অহুবু
পুথোক্লুনা কথেক্‌দা, শমুখোংদা পুন্দুনা,
ইশেন হাংকে তৌরম্মে! রারম অসি হায়বদা,"
মোইরাং চাওবা লোশিংবা ইথৈ তৌদনা শুন্দা
লৌখোং চন্ন পাক্লুক্লা, শিখোং য়েনা ঙাংঙকই,—
"কৈনো কৈরোইজাম্ন, ন' খংদ্রিবোইরে হৌজিক-ফাও।
নংনা লাওবা রাহুদা মোইরাং লৈপাক অসিনা
থাজ'বদ্রে; থাজরোই, থাজফদবা রানি,—
কনবা নসেন খম্বনি খংই মোইরাং লৈপাক্লা।
অপোবদা শোংলেনবা, মরৈ চাওবা নওমা,
নহোয় খ্য'ই লৈরিঙ্গদা; মাহুম্‌ তৌবা ঙম্বদি
নসেন খুমন মচা। কেগে লপাক অসিদা,
মপা হায়বু, মপু, মপু পোকপা মবেনগী
মমা মরূ হুন্দবি। হু.। ন'না ঙা বদো
থাজররোই কনা'।" হায়না লাইনা খুম্মক্লে।
রাঙাং অসি ভাবদা লৈবা য়াদ্রে চিংখুবা!
মমিং উক ক লৈবে। চাওব রোমদা লৈরকই,—
"করি হায়বা নাংথোম্বা?– কেগে মোইরাং লৈবাক্লা,—

চাওব-থোংলেন, মবাইগা, লৈরিংগুদা অন্নমসি,
লমজা খম্বা মহাকপু লাংগোই থোংদা পুন'দোবা,
মপু পোক্লি হায়বরা ? — হোয়নে অজ্ঞা পোকখিরোই।
নয়ায়ুংগী মৌনি দো ননাই লমজা ওইবসে।
ইবুংঙোম্নু লৈরিদো। মপা মপু অময়কু
ননাই লমজা য়ৈদোবা পোক্ত পোক্লিবমক্লি।"
চাওবই মরা তাবদা, চিংখুবতু লোইখরে —
"ইয়া! হায়ম্নু হায়রগা হায়রিংঙদা মহাক্লে।
হোঃ—মনাও 'বুংঙো কৈনো? 'হায়ম্নু হায়রগা' হায়বা;
মনাও 'বুংঙো ম্না য়াথং-কমদোবনো? ঐগীদি,
মানা লাওরিবসিদা থাজদবৈ মাতম্,
চৈরুবনি ঙাংবনি। চুম্না ঙাংবিবদি য়াই,
হায়, চুম, ইয়া, হায়বদি — মনাও 'বুংঙো করিনো?
— 'করিনো' হায়বদি কৈনো? ঐনি হাংকে তৌবদি!
মবেন পোক্কে হায়বদি নচিন নয়াদি ইশাং
শাংব শারম্নুনে।" চাওব হ্নাসি তাবদা
কোম্না ঙাংই নোংথোনবা হাপ্তা মা পোন নাইবদা
মপা লৈতে মোইরাংদা ইঙ্গি থংহু থেংরে
"ইকে ইকে অসাইনা তাকপিংনে স্না য়াথংদি,
'ঐনা য়ৈবা হারকপনি' লেইরে কৈদৌরুগনি।
অমতম্ন খুম্বিদে। মচিন মখা থোকপদা
পংঙাং ঙাংই হায়হুনা ইচ হারকপদনি।
'হায়, চুম-ইয়া ককা-তুক, তাকপিবদি চাওবদা
তৌহননিংদে ননাই ঐ!! — ওইনিংবা ওইজো হায়রু,
ঐনা য়ৈরে কৈদৌনি। — হারকনা 'হুবুদি,
মনাও 'বুংঙো পানানি, নগা নমাকনিদম্না।" —

হায়রম্লগা চাওবনা, দোলাই পাবা কৌরক্লে, —
"কেগে চৈরাপ' ইয়াম্বা দোলাই পাবা কয়াদে ? —
ননাই ঐখোই কুম্প্রা লৈ। — তরা মঙা চোংখোকউ!
য়েয়ু খম্বা অমুক্তা, মনাও 'বুংঙো য়েবদি
য়াম্মু য়ামদে; মচেম্মা পিশক পিক্লু য়োরক্লে।
পাংগন চাওরে অত্থগা মপু সনা চোরোম্মা
শেম্বি য়োকপি তম্বিগে মচা মমাক ওইবগী—
তৌরগবু মহাক্না; সনা থৌগন কানিংদা।'
থিল্লে য়েয়ু হৌজিকুমক।" হায়রে চাওব নোংখোনবা।
খুৎতা লীচ পায়হুনা চংলকপদা কুম্প্রাদো,
লককু তৌই পল্লুরে। "করি পল্লি য়েয়ুনে!"
চাওবা অমুক নোৎলকই। কুম্প্রা অহু চংখরে;
খুমন মাগী মনাক্তা। ফৈরোইজাম্বা লৈরমই।
কুম্প্রা হুবু য়েংহুনা—"লাকউ লাকউ চংঙকউ।
'ঙম্বা কনায় য়াথংনো ? ঐ উম্রিৈঙ উরুদে,
খম্ব য়েংগদবদি তাংজ ইহুন্ তমদরি।
শিগদৌরবা মীবু, য়েন হৌনরবোইরে॥
লেপই ফৈরোইজাম্বনা। ব্রাহৈ শিংসি তাবদা,
চিংখুবদি শাওগংগ্রে। — "চেংলৈরাকপা অঙম্বা! —
অজ্ঞা। — কেগে লৈপাক্তা নিংথৌ ইচিন ইনাওনা,
পাল্লি ইপু থংইকো ? হৌজিক সিদা ইপুখোই
নপা নচা অসিবু - কুয়ামুক চাওরবগে ? —
করি চাওনি ইবুংঙো। পিকগ্রে ননাই ঐখোইদি। —
'মপা পোক্লি' হায়হুনা নংনম্ম হেক্ মহায়বা।
নচানদৌরা অমুক্তা 'তাংজা ইহুন তমদরি।'
তরাই তরাই হেক মহায়!—হুদি মনাও ইবুংঙো।
নচা নমাক ওইবগী ব্রারকপিগ্রা অত্থগা,

পায়রম মুংদা অভোপপা—;'হায়রকপদা চাওবনা
চিংখুবনা শাওবদি ভুবী লাইরেল মখোংদা,
ভৌরাং চৈনা য়েংগুম্লে। "করি চাওব নোংখোম্বা।—
করি হায়দি করিনো! রাইহেফমি হায়কবা
মচা মনাই মমাক্কি হায়নি করি হায়দনি।—
করম্ ইমাকু ওইরুনি—ঐদি হাংকে তৌবনি!
শিরে হায়না মহাকপু হন্দোক্লম্ববদগী
খুজরকপনি নচানা!!" চিংখুবগী মরাসি
তারকপদা চাওবনা—"ঐনা অসাই মখৈদা,
ঙাংউরিবা পুম্বসি লাল্লে! তোকও 'রাম্ব-শা!
চুম্ন রারক বা ওইনা হায়রুবনি ঐহাক্কা!!
মনাও 'বুংঙোনি হায়বা খংউদবা অহৃগা,
নিংথৌ পানবা লৈপাক্কি খল্লুরেদো সোমদম্নু!!
কৈরোইজাম্বা ননাইনা 'মরু হুনত্রা' হায়বম্নু
ননাই চাওরা ঐবুনি—ঐনা রৈরু হায়বগী।
সনা পুক্লিং অমুক্তা তপথবিয়ু। মাসিদা,
চুম্নগীদি নংতনা তাংথিবগুম থোক্লমক
'ঐদি হাংকে তৌবনি' হায়ব সনা য়াথংসি
খিত্তং কনমনগদরা! ননাই ইমাক খম্বনা,
মপু সনা চোরোম্বা অহৃক হাক্ক য়োঙবা
কম্বা লৈনুংইগবা? মাহুতদি ননাই ঐ।—
অহু খিন' কৈদৌনি?— থিব নত্তে খংনিংই।
ইচা ইনাইনি হায়না পংতৌ তৌবম্নু য়াদে,
হাংপ য়াদে। ঐখোইগী খাই অসিগী ইথক্তা
ময়াম্বুং 'বুংঙো লৈরি। শমু রারুম হায়হুনা
নিংথৌমক্কা তৌবা ওই—হুনা রাকম অমনি।

মনাও 'বুংঙো মক্তীদি, খিং ৱাংখিনি মতম-সি ।
মাহু খংদে নো'থোম্বা, হাংকে হায়না। হাংপনি,
হিংজরকপনি মাদি মাগী চেং শৈজবগী ।—
লমজানি হায়রহনা পংতৌ মকু হেক্ত তৌবদি
তৌবিগনু। থোংলেনবা, চাওব মবাই মক অসি
লৈরিগেদা। ওক্তবা, অকাইবা লৈরবস্থ,
তাকপিরগা ময়ামদা থাই চংনা ৱারকনি।
ননাই সিদি হাক্লদি কায়দবনি অসিবু
সউম্না খুম্বা পুক্নি।" হায়রে চাওবা নোংথোম্বা।
চিংখুবনা—"ৱাসিবু য়াম্না ঙাংমনখরেদা।—
ময়েকতনি যুব্রাজ থোইন য়াম্বা কৌদেনা।
পুক্নিং খর থুংফাংতে, ঐনা হংগংখিবদো,—
লানগ্রে খংউদবনা মতুং তৌবিরগনু।"
খুম্মি চাওব নো'থোম্বা। চিংখুবনা শাওহুম্না—
"তৌরে নংনা কৈদৌনি।—করি ৱানো ইবুংঙো!
খুরম্লগা ৱাংখৎপা, তৌবিগনু ননাইদা।—
তৌনু তৌনু নো'থোম্বা! পুক্নিং চাক্লিগেসিদা!!—
করি ৱানো 'খোইবুস্থ য়েরিখিগে হায়বরা?"—
চাওবই ৱাঙাং অসিদা চিংখুব দা মৈ-থক্তা
লেপই, য়েংখি লাকখিদ্রে। চাওবা মাবু য়েংহুনা—
"য়েদবদে নংবুদে।—নং হায়না।—হায়দবদে।
করি? নিংথৌ ওইরব্রা?—'য়াম্বনা ওইরিদনা।—
মথ'ঙনি ওই-ওইদে।—অচচা শিঙ্বু শিঙিঙনা।—
শিঙেঙ ঙাহাক মঙাইরে।- মতম থাৱি?—থাদনা,—
মোইৱাং লৈপাক অঙম্বা, তানবিরেদো ৱা-দে?—
—তারে।—কমদৌই হুদে?—ঙাংনবিয়ু অহুম্না।—

"হৈদি ইচা ইস্থ-কা হায়বা লৈনরি তুংদা;
থোক্লক থোক্লক মতমদা মমা মপা 'চুমনা
মাগী মাগী ওইবনা ঙাংনজবা তারেদো?
লৈপাক 'ঙস্বা পাক্রেদ্রো? মতুং য়ানরেদনা?"
অসি হায়রক্লবদ থাংগরাকপা 'ঙম্বনা —
"চুমদে হায়বা মসিদা ঐ.খাইগীদি ঙমদরে।—
হৈদি ইভোনগী সিদি র অমা ওইব তারে।
মীচং হায়বা হু থোক্লে রানা— মনাও 'বুংঙোগী?
হোয়, ইচা নোংখোনববু, ভেরি নিংথৌ'মনাঙনা;
ঐখোই ঙমত্রে মাসিদা কৈস্থ হায়জ-লাকচবা।।"
হায়না খুমই থাংগ্রাকপা ।। থাংগ্রাকপা হায়বা অসি,
মহৌশাদগী হৌনা মীচংনি যুব্রাজগী,
খংনৈ মাসি লৈপাক্লা ।। মোইরাং চাঙব নোংখেল্লা
রাগী লাংগোই থারমই, লেম্ন ঙানা ভৌবগুম
যুব্রাজনা চংহোরে। চাওবা মানা হায়রকই —
'কেগে লৈপাক তিনবদা— 'চুম্বা পানা হায়র'স্থ
নোংয়াই মাগী মপুদি মপু মোইরাং নিংথৌনি।
খুমন মানা, মপাদি পুরেম্বগুম কনবনা
মপু মোইরাং নিংথৌগী ভৌরুবদা অকাইবা,
ঙাক্লরগনি মানা। চুনা হান্না হাংহোগে।
সোমদা ভৌবা থবক্লা? অসোয়গীস্থ খনবিয়ু।।
কেগে 'ঙম্বা পুম্বন ওইরো মনাও 'বুংঙোগী।।
মপা থোংলেনং খম্ব ন. ইকু ইমাকু লৈরিবৈঙ,
খুনম মবাই শিংশিঙৈ মতম সিদা নয়াম্বু.
নিংথৌ মক্ষম মুনবদি মতিক চাম্রি নিংঙ্ঙম্বু ।।"
চাওবই মবা জাবদা চিংখুবনা শাওবদি

লাকখুহনা চাওববু—"করি নংগুম্মনবু—।"
চাওবা কৈন্থ কিখিদে—"নং হায়ন্থু।—হায়দবদে,
নত্তিক চাদে হায়বদি; নংগুম্বগী নত্তিক্লা।—
হায়দনা; হায়রিবনি ইত্তিক ওইরহনবু।—
চাওবা। করি? চিংখুবা। করি?—মঙক হু
চাওবা থাংনা ককউরা?—ঙমগদ্রা?—ঙমদবদি।
ঐগী থাংদি কবুক্লা? অহুম্লকপু য়েংবিগে,
লোইগে ঐদি অমুক্তা। লাও! থিল্লে! থোরকও!"
চাওবা লাঙরে চোংথরে কম্ফম লাংদ নৈপাক্তা।
"মীনা থাম্না য়াম্নুসি! থিল্লে থোকুপিরকুওনা!—
কৈরোইজাম্বা! ম্না খুংতা প্রান মাংখ্রগে ইপাদি,
ম্নানা নম্মিরাইনদি ইল্লকওদো নহাক্লা।—
করে ইপা ইবুংঙো। খুমন ইসেন লমজাগী
দমকু মাংই হায়বদি মত্তিক চারে নুংঙাইরে॥"
হনখিদরে অনিদো লাওরে চৈরাপ তিনবদা।
চৈরাপ পুন্নাং লাংখরে॥ থাং পায়হনা চিংখুবা;
কম্ফমদগী হৌগৎলে। থাংগরাকপা চোংসিনখ্রে।
চিংখুবগী থাংদোন হু ফারহনা হায়রকই,—
"ননাই গিদি মচাকা মমাককাদি থোকপনি!
যুবরাজ ঙাইবিখো! চৈরাপ্তা ঈ তারগা
হৌনদবা থবকনি। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
'কুম্মৈ য়েংঙউ হায়হনা ফঙ্গনবরা নহোয়বু।'
হায়না দণ্ড পিরনি॥" হায়না খামখ্রে চিংখুবা॥
"কৈ নৈপাক্লা খাম্বগী তৌগ্রবনি, লম্মাংদা
থোক্লমৈদি হুসিদি, থংলমগদবু গুণ-ভুক॥
হায়না ফমখ্রে চিংখুবা। থাক্ল নোকই চাওবনা—

"খাম্বিনবা লৈতবা ঐদি স্নুম্বা লৈখিগে।
তৌগদবা পুন্নমক যুবরাজ খনবিখো।
ইমাক শোকদবদি পোক্তি, হৌজিক মোইরাংদা!
ইবুংঙোনা পানবরা নয়াম্বুংনা পানবরা;
য়েংগে হননক চাওবনা।" হায়রে চাওবা লেপ্তুনা॥
চিংখুবনা—"কৈদৌনি। ঐনা কাংকে তৌবনি।—
হাংলবস্ত কাংকনি, লোই থারে কৈ থাগনি।
বেরা লৈতে ননাইনি মতিক চাব তৌগনি।
তৌবগীদি ঐখোইনা লানবা চাক্লি মপুদা,
মরমদদি খংলগা—।" হায়না লৈপৈ চাওবনা।
"খংনিংলগা নোংথোম্বা? অহুম হায়সা, তাকনি।—
যুবরাজ! তাকপিয়ু, চাওব-ঐনা লৈরিবৈ,
তাঙ্জা য়েংনা মেংল্লৌনি ননাই থোংলেন তাক্চিবৈ॥
তাপ্রবদি মন্ত্রিনা শাদ শাওইন নি
লান্দ-লাল্-ওইনগনি।" হায়না লাওই চাওবনা॥
"করি য়ানো নোংথোম্বা। থোংলেন মানা কৈদৌনি।—
হায়নু মনাও ইবুংঙো। য়াওরম্লগা মনাইশিং,
তম্মুরদি লোইখিনি। করি হায়না নোংথোম্বা?—
হোয় মাহুস্ত তোকপিরো। মরম সিবু ননাইগী—?"
অসুম্ হায়না চাওবনা পুথরকই রাকম্ সি।
চিংখুবনা "নমাক্লা ইচাগী কাদা য়েংলি।"
হায়দোরক্লে চাওবদা। নাকোই খোংকৈ থাম্নুনা
নোংথোম্বনা—"মাহুইদি ননাই খম্বানা লাক্লি।
ময়েং করম্ য়েংলম্বা, মাহুদদি খংনিংই।
পাংবল চাওই হায়রুনা নিপা মানা নম্বোম্বু,
য়ৈরম্-চৈরম্মবরা? মাহু নত্তে।-করিনো?—
মা লোৎনু, নাংবান্দা পিশ্রগে হায়বা য়াদে॥

চুগী হাংকে তৌবনি ।··নম্বাম্বুংদা হায়ুদা !
নিংথৌ নচিন ননাওনা হরাওডৈদা পিবদি ?—
হুবু নংদি নোংথোম্বা ! চুপাময়ুম পায়রিবরা ?
কুম্মে ওইবৈ হায়বনি ।—ফরে তোকও মান্নমা !
চহি তরেৎ নিংথৌগী পানাতনা থোইরেদো,
লমজেন কাংজৈ মুক্না চহি 'মতা য়ান্দরে ।
কুমসি মুক্না থারবা ; থোইরবদি লমজেন-সি
ইমোম ইচা ইবেম্মা পিনি হায়বিরবদা,
লমজেন মুক্ন খুমন্না থোইরে থারে নোংবানবু !
হরাওবগা ইরোইনা হংগৎনরে নিংথৌদা,
সুম্মা পিবিগ্নবনি । চিন্না পিগ্নবসিবু
পিবিররোই হায়বরা ? নমোম মচিন হংখিসি ।
নজাইবেম্মনা ঐদি য়াজদে পাবুং য়াথং
ইনগনি হায়রবদা য়ৈবিব-য়াই ইমাকপু ।
নমোন মচিন হংদনা হংগৎতনা নিংথৌদা,
ননাই ইমাক য়ৈবদি — লমজা মাগী খনবদা
ননাই ইবুক থুংদরে . খিত্তুং চুমফাৎ লোইদরা !
ইচাই মচিন হংবদা ইনগে হায়রে নোংথোম্বা !
সি-দা য়াদে নমাক্না অদুই দমক্ কুবনি ॥
হুদি নজাই বেম্মনা চেল্লক্তনা খম্ববু,
সুংথিন মী-কিদম খৈ অহিং লাই কিদহুনা,
খুমন মাগী থুরাইবু কন্নবগী গোৎনবা ।
মপাই-বুংঙোন্নচিংবা মীয়াম ভানখাই হায়বদি ?
হৌজিক ফাওবা নমোঙ্গা ইমাক লাইকন্নরিবা !,
অসি, ননাই চাওবনা মীনম্মুবা য়াগদা ?"
হায়রে'সিদা লৈপাক্তো— "নতিক ইতিক চাদনা
ভাংউগন্ন্ ভসিদি ।" খাম্ব সুম্না মরম্নাই ।

কনা 'মনা—"অহুদি, হয়েং নহোয় ঐখোইদা,
খোক-অরদি কমদৌনি ? —মাহু তম্মুন্ন খংউ,
চাওবা খোংলেন হায়বসে খম্বা কৈরোইজাম্বনু,
মীপোক অম-মম্ ওইবনি কেগে হায়বা 'সিদা ॥"
ফুম্না ঙাংনৈ শোম্নরে। মমৈ থংদা চিংখুবা,—
লাইজ মানা কংথরক, তুখুল তাররুবদা
পিকশিল্লরুবহৌদা মথা তাবা য়াদরে।
চেনবা য়াদ্রে খুমখিগে খুম্কম ঐ গদ্রে লেপথরে ॥
মিকুপ খর লেপ্পগা মঙ্লাঙান্দা চেনবগুম্
চুগয়না—"নোংথোম্বা! খদি অদু মঙাইরে॥"
হায়না খুমই চিংখুবা। অতৈ মথা ঙাদরে॥
চাওব মানা শিংবগা অচুম্বগা ওইবদা
রাফম সিদা চিংখুবা পুমপুন্ ওইনা পুনখরে।
চাওব মান্না —'অহুদি মনাও 'বুংঙো চংঙনি,
সনা চোরোন য়োরসি। যুব্রাজ সনা পুক্লিংদা
চাকইবদি মৈ অগি নয'ম্বুংনা নানা,
মুংঙম্বরোই অতনা। চাওবা খোগন ইল্লগে।
যুব্রাজনা অসাইদা, 'ঐবু ফুম্না তৌরুরে—
কম্দৌসিগে অঙম্বী' তাকপিব'দি চাওব।,
সনা নাকোং তাদ্রিবৈ মেঙ্গসিরা হায়দুনা
খঙবনি চাওবনা।" হাযবে যুবরাজদা।
যুব্রাজনা—"ঐহাক্তি, য়োনিংলেদো অসাইনা,
খিল্লে' চাওবা নোংথোম্বা চংসি সনা চোরোন্দা॥
হায়নখরে অনিদো। মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনা চোরোন তম্মক্রে। চাওবনা তুং থংলকই—
চৈরাপতগী সংগাইদি পরি তরামুক লাপই।)
"লমখাং সংগাই য়োত্রিবৈ সিদা, খংবা ঙমদেদো।

থোকপন্থ্রু ঋাই ফত্ত-সুং।" খনখিবনা চাওবদো ;
তপথহৌই খরদং। মতম সিদা চিংখুবা
মবুক-তুদা খল্লকই—"তপথকৌরে চাওবসি।
ঋাম্বুং নিংথৌ য়ৌবদা হংগংনগদবদা
কিরহনা তৌবনি! খংগনিদো গুসিদি!
হংগংলগা ঋাম্বুংদা ফোংন হাংকে খম্বসি॥"
নাপন তৌখি মবুক্তা। চংনরকপা অনিনা
থোংলোল অহুম য়ৌর'ক্ল। মতম সিদা নিংথৌদি,
পায়ম-সুংদা ওল্লা'ই। সংগাই মাঙ্গোন্ তাংবন থকু
মালং ইচিক লাংহনা মনাও ইবেম্মশিংনা
সনা থৌগন তৌহনা খুদোং ওমচাকনরম্মি॥
সনা পুক্লিং লাঙ্‌বদা লাংবন উকম শক্লবী
মনাও 'বেম্মা অহন্দা 'পাম্বোম চোংই গুসিদি'
সুম্না তানরহনা তৌনরম্মি ঋাখন সি॥
অনি চাওব-চিংখুবা. সংগাই সুমাং মতোন-তু
য়ৌনরকপা মতমদা কংখৎলরক্ই থোংকাপ-তু,
চাওবা নোংথোন অগুম্বা। উ র মওং নিংথৌনা,
চাওব মাগী মায়থোংনা, নুংশি কোংব-লৈরিক-চাম্,
ইমকু মক্ল চ'ংলকই। পিস্থুম্ স্থকুই চিংখুবা॥
লৌশিং চাওবা চাওবনি, ঋাখন ভরা থোকইবা—
"পোকমিন্নবা মনাওনি লম্না খুরক্লবদা
মপু সনা পুক্লিংদা করম্বা 'মা লাকবা"
খল্লি সুম্না চাওবদো॥ পুক্লিং খঞ্জানরকপা
অকি-থোংথাং অহুবু খংই নিংথৌ মপুনা॥
(ঋায়রক্লবা মনাইনি পুকচেন চাওবা নিংথৌনা,
মাংদ-খংবা মনাওবু হুন্দোক্লুনা তুংদগী
মনাই চা৬ব কৌরক্লে 'হাওজ-লোইজা পুম্বু

কৈন্না থোংনা য়ায়েনবা চেংলৈ লাকপা নোংথোম্বা।
অয়ো মম্নুং চনবরা ?—শানৌ তোনবু ঙসিবু
অশাও মাংঙইনবা উই! চংলকউ লাউ অনিমক।"
চাওব হায়া খুল্লকই—"ননাই চাওব লাকচরি,
সনা চোয়োন খুরমগে।" চেপ্পিল্লকই অঙম্বা।
'চাওবা মানা হানগ্রনি' খনখিবনা চিংখুবা,
অনি চেপ্পিনমিয়রে। মনাও 'বুংঙোনা য়েংতা
নোংথোম্বনা ওইরোমদা মপু চোয়োন কোন্দুনা
তুনরুরে অনিদো।। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"চাওবা কৈনো থাদোকউ হৌগৎলুবে নোংথোম্বা।—
ননাই চাওবা থাদোকওই! থাংদা ননাও 'বুঙোগী
চোয়োন কোয়া অসুম্বা প্রান্ থাজগে ননাই ঐ।।—
করিগীনো নোংথোম্বা! শানৌ তোন্সু থাদোকউ।
হৌগৎলুনে নোংথোম্বা।" হায়না য়েংকা ওইগনা
চিংখৎপিরে নিংথৌনা। "নংবু হাংলগদোবা।
মতিক কৈবা কনাগী ?"- 'মতিক' হায়না ঙাংঙকই
শাওই সনা পুক্লিংদা। মমাক লমজা শোকপগী
সুংঙাইখিত্রে চাওবদো। মিৎতা পিবু তাত্নুনা,
লমতা মপা মমানা মপু চোয়োন অহুদা
মনিং তৌনা চাওরম্বা। লৈখিদব খনবগী,
হিক্ক কপই নোংথোম্বা লেপই সনা মাংহুদা।।
চাওব মতৌ উবদা মোইরাং নিংথৌ মপুনা—
"নোংথোন! কনা লৈতরে, করিগীনো কপইবা?
অতোন! কৈদোনবগে, নংগা ঙসি নপুগা?"
হংই কল্লপ নিংথৌনা।—"ইয়াম্বদি খরদং
ঙকই ঙসি করিনো? করি দৌনরবগে?
করি কারবা নপুনা? মতিক চানা য়ারকে।

হায়্ হায়্ 'য়াম্বদা ।।" হংবিরকই মনাওদা ।।
চিংখুবহ হরাওই । "ননাই ঐনা চোরোম্বা ;
মোইরাংদগী ঙসিদি সমু মীকোক মঙাদং
পিনখিয়্ নিজগে ।" হংগৎলকই মনাওনা
ময়াম্বুংনা—"শানৌতোন্ ! কনা কনানো মীদে ?—
সুপী অমা, নিপানা মরিনি - চাওবা, থোংলেন,
খম্বা, খম্ব, অমনা ফেরোইজাম্বা মবাইনি ।।—
নংদি করি দৌননি ? লৌয়ান শিংয়াম্নগেরা ?
মাগু য়াবা মীশক তি, অমতস্থ য়াওদেনা ?—
মথরাই নিজবনি ! - কম্বা নং হাৎচগেরা ?
মীহাৎপুংদা পুহনা হাৎহন্সিরা লাম্মীবু ?—
সনা চোরোন কুপানি । ঐবু তৌজো নংত্রগা
পিবিরগা মকোক-তু, লাম্মীনবু হাৎলস্থ ।"
সুম্না খুমই চিংখুবা । মপু সনা পুরিংদা
'খংগনিদো ঙসিদি' সুম্না শিঙেঙ, অহুগা
মপানথোংগী দ্বাইদা চিংখুববু নিংথৌনা
"সুংঙাইরমত্রবে নংন ?—সুংঙাইতরে ননাই ঐ ।।—
সুংঙাইত্রবদি নংনা, অম্মত মমৈ থকপা
ইনাওনিদো নহাক্না য়াম্না ফরে, অহুগা,
কৈদৌননি খম্বদে ? - মশমহ কোক-থোক্লগা
কেগে কথেন খুদিংদা খুঙ্গোইনগে মাবুনা ।।"
হায়রে । নিংথৌ' চিংখুবা য়ুবাজগা ঙাংনবা,
রাকম অসি তাবদা সুংঙাইথিত্রে চাওবদো ।
মহোয় মহোয়বু হায়বদা করি 'মতা শাওরমদে ।
'ইমৌবু পিরবস্থ নিংথৌনা ঐনা পিরোই'
হায়হুনা খুমই চাওবা । নিংথৌনা - "উই—চাওব ! নং,
খংত্রা ? ঐগী ইনাওনা ঙাংইদৌদা করিগী,

'মস্থ ঐনা ঙাংইনা !" হায়না চৈরে চাওবদা।
ঔঙ্গিং তৌই নিংথৌনা। থংই চাওখ ভুমিল দৈ॥
মনাও য়েংনা নিংথৌনা—'খম্ব্ পিবদি ঐগী
ইভিক নস্তে শানৌতোন! মহারাণী লৈত্তরা? —
ননাই ঐ লৈ।—সেসে তাও। মুন্না তাওকো বা হায়গে।
মুগা ফীগে হোংদোকউ! শূমজিৎ পাযু থিনগন্নু।
লাংদেং পুংস্থ পুরকউ হামুক স্থনু য়াইঙংস্থ,—
সম্ কোকুপা-মী লৈতরা কোকথোকহল্ল্ নশমদো।
খম্ব্ পিষু হায়নদি নিরবদা ননাওনা,
ঐনা পিব ঙস্বদি থোকখিদরে খম্ব্দি।
খুঙ্গোইনগে হাররিদো লমজা মাবু মোইরাংদা।
—খম্ব্ হায়বি অদুদি নতৈমবুদি মানা
চাওব হেল্লি; মরম অসিদা ওইদে 'য়াম্বই ইভিভি।
ইয়াম্বনা ঙমজবা খম্বুই মহুৎ সিনবদা,
হাইফেং অতুক য়াবদি, মহারাণী নতৈমা,
অহল অসি মঙাইরে।- চৎলু চৎলু ইবেম্মা॥"—
কৌশিল্লক্লে চংলক্লে। মহারণীনা 'ফরে!
ইয়াইবক ফগ্রে ঐদি। ইমোম্ খম্বুই মহুৎপু
শিন্বা ঙমজরবদি। নয়াম্বগা নতৈমা
ঐগা অনি মাংসিদা ইমোম খম্ব্ পল্লনু।"
মহারাণী হায়রগা মুগা ফীগে হোংউরে,
লাংদেং পুংস্থ পুরকই থোরাং পুমস্থ স্থহনা—
লাও, ইবুংঙো থিল্লনু! নংহৌররোই থোরকও,
খুঙ্গোইনরো ঐহাকপু॥" হায়না মহারাণীনা,
চিংখু-মখুং পায়হনা চিংগদোরে মত্তমদো!!
মতাংসিদা নিংথৌনা মহারাণী কৌহনা—
"তারিবরা ইবেম্মা! চংত্রিরৈঙদা ননাওনা

পোং অমতা ননাওদা পিরমখো তুক্ক লাকখোদা !—
করি·পোং ওইরবনো ?" হংই মহারাণীনা।
মপু মোইরাং নিংথৌনা– "ঐগী খুৎসু থাং অদো
পিনরম্ম, ননাওদা।" হায়খিবগা চংখরে,
মহারাণী থাং অহু দুর্গা কৌবী লাইহুনা,
খুৎসু থাংশাং পায়বগুম খুতুম চেৎনা-পায়হুনা ;
চোংথোকখরে ইবেম্মা। চিংখুবগী মখুৎতা
মখুম য়াওদে থাং-অহু মহারাণী পিখরে॥
খিন্দে মোইরাং নিংথৌনা– "করি' শোংদ্রি শানৌতোন!
'মরিগী মকোক পিয়ু' হায়বদাইনে নহাক্না,
থাং অহুনা কক্তানা, লৈথংকেরা খুজিম্না ?
শিল্লেদনা থম্নুগী 'তৈম মহারাণীনা !
মম্নিহুগী ময়াম্বা ঐনা শিল্লবনিনে।
ঐগী কোকসি লৌরোনে। থাং লৈরেদনা অদো।
অতে অহু 'য়াম্বনা কদায় পিবা ঙম'দগে !!
পল্লমু লাও কক্ অরো ! লমজা খম্বা হায়বদো
শিল্লবনি 'য়াম্বনা !! ইয়াম্বনা লেএগা,
এংখুরাংবী ইনাওনা মহারাণী ওইসমু,
নংনা ইফম শিংল্লৌরো ! মতম 'হুদা মরিদো
ইনাও ননিং তৌকৌরো, হাংচহৌকো ইবুংঙো !
পায়ু থাংহু কৈদৌরি ! 'য়াম্বই ঙক্ কক্-অরোনে !"
হায়রে ; মাহু তাবদা চিংখুবদো মমথরে।
"লাও করি পল্লিবনো ?" ইন্সিল্লক্লে নিংথৌনা॥
তাঙ্গা সিদা চাওবনা সূত্র ওইনা লাওরকই।–
"হায়রি মরি 'হুদগী 'মদি শিরে ইনিংথৌ।—
করি ! চাওবা কন্নানো ?—খুমন্ লমজা খম্বনি।—
কৈদৌঙৈ ?—ঙসি অহিং !—কমদৌনা ?—লৈপাক মীয়াম

চংহুনা, নিপা নিফু মঙানা ফুরে তেংদম্',
চুদগী ফুব লোইরে, ভারে পুমতেক তেক্তুনা ।
মপু মোইরাং নিংথৌগী লাংগোই য়াইশ পুখোক্লে ॥
শামু খুহুং অহুদা পুংল্ল অমুক অঙাংসে,
কথেন সোম্ম-কারন-থা চিংলম্মে; শিবমক্তি
শিঙ্গি, চোয়োন উরগা প্রান তৎকে নিহৌরি।
অছম চুস্তু পিবিখ্রো।" লমজা মাগী খনবনে,
মোইরাং চাওবা মিৎতুদা মপি তানা হায়রকই ॥
চাওবই মরা তাবদা মপু মোঈরাং নিংথৌনা
মায়থোং ফাওবা লাংসিল্লা-"হ র ! হরি ! সুংঙাইদা !
শানৌতোন যুবরাজ ! সুংঙাইরেদা ইবুংঙো !
রানা ঙাইরম্লবোইকো । ঙসি শিল্লো 'য়াম্বগি
খুবম অসি নহাক্লা !' নং খংব্রা ? করিনো !
ইকায়দবসিগা হাই ! নংনা নফম নাইববু,
কুরাক অমা ফারুব্রা ? পেবেৎ অমা ঙাল্লুব্রা ?
খরি চুম্বগুম চুমই,, চৎলো ! তিঙুম খনাংই !
খিল্লে নশক য়েংশিংদে !!" মহারাণীনা "অদোন !
যুব্রাজ তারিবরা ? নয়াম্বগী মযুম্নি ।
ইতৈমগী পাঙল্লা শাজবনি য়ুম-অসে ?
হৌজিক ফাওবা ফম্মিব্রা ? ঐবু পুরো হায়রে, নং
করি পুদে ? অহুগা থাং পিরে করি লৌদে ?
নয়াম্বনা পান্দুনা তৌনিংবদা তৌবরা ?
তৌনা করিগী তৌদে ?" হায়না চোংথোরক্তুনা
সনা চিংনা লেংবগুম শাওইদবী মহাক্লা,
সনা হকচাং নিক মথৈ প্রলয়গুম্মা শাওরকপা;
নিংথৌ মহারানীনা ঙাংঙে চৈরে 'চংখুবা !
ইন্দ্রায়বদা মঙাংরে, য়াম্দায়বদা মখাক্লে

থংলেন মখুৎসুহুনা, খাম্বী থক্তা ফমথরে ॥
মনিং ভোবা পাৎতগী লাইজ তুখুন তাবদা,
চাওবা নানা থুম্মবা লু-দা চংবা লীল্লাগুম্,
মপু সনা মাংহুদা মতু ইপোন পোন্থরে।
যু-াজ লৈব ঙমদ্রে—ৈলথোক্তুনা চেনথরে।
খন্থি যুবরাজনা—"চান্থরেদা ঙম্বোক্লা।
ঐবু করি নুংশীনো। তৌরুরবা থবক্লে॥"
খন্ন খন্ন লাকপনা মোইরাং চৈরাপ য়োৗরক্লে।
চংশিনখরে চৈরাপ্তা। "চাওব লাকত্রে" ময়াম্না
খ'ন্ন 'কৈনো' অস্মা। ময়াম ঙক্নং লাওরকই।
চিংখুবদো মতোমদা তুমিল লৈবদা ঙমদ্রে॥
হিপথৈ মাগী ফম্ফমদা খাইদো থুকই নুংঙাইতে।
কামই মাইবশিং 'হুনা॥ লোৗমী রাকপা অঙম্বা
খাম্বী লাকপা অনিনা "য়েংউ য়েংউ। তৌরি'সে!
হাংকে তাগ্গরকপনি। সিবু করম নিংথৌনা
কনগদগে হৌজিকপো। যাম্নবস্থ মপুনা
যারোইদনি ণীখোইদি!! চুমই চুমই" হায়নপ্রে।
পুন্নিন নিনপ্রে চুমই'না চৈরাপ অহুক চাওবদো॥
সংগাইবোমদা নিংথে না সনাই নোংথোন য়েংহুনা—
চেংলেরাকপা অঙম্বা! ত্মাক লমজা খম্ববু,
শিব মক্তি শিন্দিকা?—অজ্ঞা।—থোংলেন তারত্রা?
ননাই ইতাও তারিরোই। ননাই ঐদি তাকথিত্রি
থংদ্রে কথেন পাওগীদি। তানি য়ারোই ছাদবা!!—
তানি চুমই নোংথোম্বা। ঐবু চৈরাপ থোক্লিরা?—
হীঃ লেংথে কপ্পিদবদি। ননাই ইতাও কনানা
খা ম্ব... ইনিংথৌ। মপু চোরোন উত্রগা
নিংথৌ এ ওন মাবু লাকচ খুহুম চন্থোইরে।

খনখিগনি ননাইনা !!—চুমই ইপু থোকপা-তায় ।
ঐনা চৈরাপ য়ৌদ্রিংঙ সিদা হান্না অমুক্তা
খুমন নমাক অহুবু উনিংঙ্খ্রেদা ঐহাক্তে ॥
লাও হায়ুগবা নোংথোম্বা ? কৈদগীনো ইনিংথৌ !
লেংব ঙমদ্রে ননাইদি ।—ঐগী দোলাইদা ইপু ।
মাহুমক্তি খম্ববু ?—দোষ নৈতে হৌজিক্তি
ন্যায় নারে নমাক-তো । খুমনগিম্ব পিবা-নি
কাওরবরা ইপুদে কাওফা ঙৈগী রারমদো ।
লৌরু নমাকু উম্নগে !!" মপু যাথং তৌখরে ।
সনরেং দোলাই পুহনা খুমন মাবু লৌকরে ॥
খম্ব শ্নরেং দোলাইদা সংগাই স্নমাং মতোন্দি
য়ৌরকপদা ইবেম্মা, মহারাণী অহুন —
'খুমন ইচা লাকএদো ।' কৌবির ক্ল মনাইবু ।
মচেম খমু পোঞ্জেবী তুংইল্লকই মীপ ংগী ।
"ইনিংথৌবু ননাইদি লমজা ইপা খম্বগী
খরাই পিনবিয়ুকো ।" হা না চেন্সিল্লক না
তুরে সনা চোরোন্দা । থাদোই মচা ইবেম্মা !
লমজা খম্বা মহাক্তা দোলাই কোঞ্জন পাবর্দি,
মথং তুংবু ইল্লকই । মপন নিংথো উবদা —
"ননাই লমজা ওইবগী এান পিনাবু ।" হায়না
স্নরা ওইবী অনিদো মিৎম্মা খম্বাল লকাদা
চিংজুম লাইজ ইরুৎথাক িংৎেন লাইজ ইনমখাই
ভরং লাইজ তাহনা হিক্লা হাইন কপউরে ॥
মপন্ নিংথৌ —মচাগী মনাইশিংগা মতোহ
উরুবদা স্নুংঙাইত্রে । সনা মায়থোং অহুদা,
মুক্তা পরেং নদৌগুম পিগী মতুম মতুম্না
মায়থোং অহু চোৎলকই । কেগে চাওবা নোংথোম্বা

লেংয়ান খুইদে লোইহনা পি অদুবু লোথোকই।
মহারাণী কপ্লকই !! চাওবা নোংথোনবহন্না—
"তৌবিগনু হৌনদে মপু ওইব শিংহনা
মিংতা পিবু তাবদি ননাইশিংনা উইহেদে।"
হংগংচরে। নিংথৌগা মহারাণী অনিদো.
ঙৌনা য়ানা চিক্তুনা খামই তরং লাইজ-দু ॥
চেক্লিনখরে ইবেম্মা মোইরাং লৈবাক অহুগী
মমা ওইবী নিংথিবী মহারাণী পুকফবী
খুমন লমজা খম্বগী পায়রুই দোলাই কোঞ্জিন্দো।—
'খুমন 'বুংঙো ই াবু কৈদোরগে।" হায়রুরে।
খুমন মানা "পলেম্ম! ননাই ঐদি হারেদা!
খিংতি থুনা কোকগুগে। পিন্নবিরো ননাইবু।"
হংগংচরে খম্বনা "হিল্লে কৈদৌরিবগে!
পুরকউন লি তান্না!" হায়না ইখৌরাংবগুম.
কৌশিল্লকই মপুনা! নোংথোনবনা—"ইনিংথৌ!
অসি য়োন নাইবু পুন্সিনবদি? নোংথোনবা'
নোংয়াই মাগী মযুমনি, করি তৌ হায়বগে?
পুদ পুশিন্‌বিরকউ?" তাকপিরকই অম্বুম্মা !!
সংগাই মাংগোল ল্যাংহুদা খুমন দোলাই থারুরে !!
খুমন মাগী কুপইবা চরৈহু হায়দোক্লগা
তারে সনা মিংয়েংবু। ঈনা তংপ লৈতনা
তারি খুমন মশাদা। বিষ্ণু সোর অহুনা,
লমজা হকচাং অহুবু কামই পুমথং থংনবা।—
"পারি খম্ব! ঐহাক্লা নিংথৌ মক্তা ওইরবা.
পাংগন শাম্ম হঞ্জিল্লো, ওইরো তিংগং লায়কংবা।"
বোরগা লোইনহুনা। বিষ্ণুই বোর অহুগা
সোর হুনা থংবদা জীব সঞ্চরিণী-দি

লমজা মাগী হিদাক ওই পাংগন অচু কংখৎলে।।
ন্যোংয়াই ইরেন হৌগংলে. কুমথরগা মপূগী
মথোং খম্বাল অনিদো খম্ব মানা খুরম্লে ।। –
"লোইদাম থারেন্দনবু হান্নে পাংগন কংজোকো।
শাজৌ লেম্বা মাংগনু।" বোর লঙ্ বিরক্লে ।।
"কৈরোইজাম্বা পুখরো নসেন অসে চৈরাপ্তা
ননিং থংনা নসেনগী তৌগে বিচার ঐনা।"
হায়বিখরে নিংথৌনা। খুমন চৈরাপ য়োৎখরে ।।
ম্নরেং দোলাই লেংজাওদা মোইরাং নিংথৌ লেংথোকপ্রে।
চৈরাপ থোংজিন্দা দোলাই থারম্মগা লেংশিনপ্রে।
সনায় ভাংবন থক-তুদা, সনা চিংগী চিংদোন্দা,
কেগে খোরি কথেল্লোম মায়কৈ চাকপা মতমদা,
সজিবুগী অয়ুক্তা কোরৌ হুন্দোরকপগুম.
পুমঙাং ঙাংনা ঙাম্লুরে কেগে চৈরাপ ময়াইদা ।।

২

লাংবন কবো পয়ানা শিঙজা কোকথোং লাকপগুম
মোইরাং নিংথৌ মপুনা মোইরাং চৈরাপ তিনববু
সনা য়াথং লাওরকই :– "কেগে চৈরাপ বিজয়া
হায়না ফম্মি ময়াম-সি। অঙাংবা অমতনা
ঙাংনিংমখৈ ঙাংথোকপা ঙাংনিংদবা মখৈনা
হৈবোং মমুং তিন-দৌনা স্নম্না পংলে মরৈবা!
লৈপাক নিংথৌ পানবগী মনা মথিন থংদবা
অরেম্বনা ফম্বরা? চিংবু রোয়দিং ভম্বুরোয়,
অম্বুক য়াম্ব অসিনা মরুং কুম্ন নোম্মগা,
নিংথৌ ঐগী ইফমদা লৌইপোং ওইনা পিবনি।
লৈপাক মায়েন তৌনবা খমজবনি ময়াম্‌,

প্রজায় মরন ভিংতুনা,, অচুম অরান থিবিয়ু ॥
মীগী মরন চায়গা মীগী মকা থোকপদা
করি তুমিল লৈথোকপি ? প্রজা ওৎনননবা,
খঙ্গিবরা প্রজানা। নিংথৌ প্রজা অনিগী
খনবিদনা করম্না 'ওম্বা করম ওইবিরি ?
ময়াম চাবিরিবসি যুব্রাজগী মরল্লা ?
ইবুক থাকপিরবদি প্রজাবুদি কিদনা
যুব্রাজবু কিবরা ? মী অনিদা করিগী
থাদোকতুনা ময়াম্না করম খৎনহনবগে ?"
ময়াম অহু —"চুমইদা" অস্রম খম্নে মসেন্দা ॥
নিংথৌ য়াথং ফংবদা খাথহনবা, ভারুংবা,
চেংলৈহনবা, — ফৌকংবা, মরি সিনা লাওরকই ;—
"ননাই ঐথোইদি হাযজৈ অহুম্নদি ওইবদা
করি লৈতবা ফম্থা ওইবদগী ঐথোইস্তু
কন্জবসি ভমজদে। ফমথক্ ভাক্তা ওইবন ॥—
ফমথা ফমথক হাযবদি—? মাস্তু দোলাই মতোংই
নংস্তু দোলাই তোংইনা। ম.. মথা হায়বদি,
থমদ য়াদৈ থমবনি। অওইবদা, অচুম্বা
ভাংবা-হায়বা-লাওববু অভাংমক্লা ভইরস্তু,
নংগী নংগী নমাংদা লেপচরনি কনানা ?
ঐনা খংই লোইনন। নহোয় যোতোন তৌজরো।
থোংলেন-লাক্-অনি!" হাথনা লাওরে চৈরাপ্তা
মোইরাং নিংথৌ নপুনা। লৈপাক প্রজা পুনবা
অচুম্বগী রায়েজৈ অরানবদু লাকুখা
কেগে চৈরাপ তিনবনা, যুব্রাজনি হায়রুনা
মনাই য়েংবা বিচার থৌদৌ অসি উরকপা,
থোকচরুবা খম্বগী মপা মচা ওইবগী

লম্নাই গুম্না থোক্লকপা উৎকপদা নিংথৌগী
চাওব মাগী লম্নাইগুম—ব্রাব-ঙমখৈ মুৎখরে ॥
ইস্রি মুংদা চাকপহূ খাম্বি মৈখু ফাওরকই
অঙোম নিংথৌ য়েংহূনা মপু মোইরাং নিংথৌনা,—
"অঙোম নিংথৌ চাওরেদা। মোইরাংদা অঙোম চাওরে।
মহান মখেদি ঐনা নোংবান মাস্থ ঐগীনি,
অঙোম নিংথৌ যুব্রাজ মহোয় মখৈ মন্নুংদা
চৎলল্লমাল্লে অম! নিংথৌ ঐগী ইফম-সি
শিনগে লাংলম-মাল্লেদো। চাওব, থোংলেন, ঐহাক্না
ঐথোই ঙম্মে ঐখোইনা, অতোনগা অঙোমগনা
ঙম্মে ঙম্ন পার্নবিয়ু। চৈরাপ ফম্বা মখৈস্থ,
অতোন যুব্রাজ রোমদা লৈবিখরে উজরে।
প্রজা অমা নিংথৌগী ওইববদি মযামসে,
নোংখোন মতোম থাদোকওই যুব্রাজগী মথক্তা
তৌরমকমনি বিচারসি।" অসি হায়রে নিংথৌদো,
মৈরী মতোন নেৎখরে অহুক চাঙবা চৈরাপতো
তাংগোই ওইদে হায়মখ মঙাইরেদে নিকখরে ॥
ঈনা পুমঙাং ঙাংখিবা অঙাংবদি কৈরাংগুম,
লাইকম্নবা চরৈনা ফীরোন ফীরোন লুপখিবা।
মোইরাং চৈরাপ মাংহূদা 'মুনবা মরোং কেনবগুম
নোংয়াই মানা তাকুবা! খুমন মাদি মোইরাংগী
মরন ওইবা নিপাগা ওইবতুগী খনবনে।
লমজা মারক 'দোমদগী লাইর মপাও লৌবনে,
খম্বা মশক উবদা—খমোই শেৎ-শেৎ কায়নরে!
ফুকু-ফুকু লোইনা হৌগৎনৈ কম্বা লাকপা য়ানস্রে।
অকি মৈনা নিংথৌগী মুংশি মৈনা লমজাগী
মালং মানা তেংবাংবা লমজাও খাম্বী অনিনা

কেগে বিজয়া চাকলে। মী পুম্বা নিক্লখরে ॥
হংগৎলক্লে চাওবনা—"সনা পুক্লিং অমুক্তা,
তপথবিসি, লৈবাক্তা যুবরাজ মনাও 'বুংঙো
খ্বাইগী থক্তা তাওথবা সনা য়াথং ঙাইবিখো ॥—
খংঙে চাওবা নোংথোম্বা, সিবু য়ানরবদি,
লৈবই করি কায়নি। নিংথৌ ওইবা ঐহাক্না
লানফদবা প্রজাদা লংজরেদো হৌজিক্তি!
লৈপাক পুবা মখোইনা চুমদ্রবদি রায়েন 'ছু
নিংথৌ ঐগী ইথক্তা তারনিদে। পাপ-অদো।
লানফদবা লৈপাকতা, মুপী অঙাং লমজাদা,
লাল্লবদি নিংথৌনা মাংফদবা লৈপাক্তি,
মাংনা হৌনদবনি। পাপ্প চেনবা নিংথৌনা,
পাল্লবগী হৌনবা, নোংমা মিকুপ অমতং
মৈশা লাংবা মঙাইদো। অহিং মুংথল অনিদা
খনগদবা মঙ্গোনবু খন্দহুনা ঐহাক্না
ইশা ঐগী য়েংহুনা; করম ঐনা পানখিনি,
মাংজরবা হায়'হুনি য়োৎনা থ মগুম্ তুম্বগুম
মতম লোংরে হৌজিক্তি!" হায়না নিংথৌ রাখরে ॥
মপূ মোইরাং নিংথৌগী সনা পুক্লিং লাংববু
লমজা শোকউবহুগী, চাওবা মানা ইংনবা,
"সনা পুক্লিং ইনিংথৌ তপথবিযু" হায়হুনা,
হন্ন হন্ন খামজরে ॥ অমরোমদা নারোন্দা
চাওব মনাই অনিদং থোংলেন তান্না থারকই ॥
স্যম্না নৈনখ্রিংঙদা পুংকক্ তিল্লে মোইরাংগী
খোরি কথেল অহুবু! নুপী অঙাং ময়াম্না,
উয়ে খুমন মহাক্তী উনগী মচেৎ মচেৎনা
পক্লম্বদো চেগাইদা শম্লাং শমদোং কয়ানা

তারমইবা খিবিকস্থ, কথেন রারা লাওরক্লে।
কৈনো কৈনো হায়নরে! কৈথেন নকুপ মঁখনা—
"হা ইচিন ইনাওশিংবু। ইচা নিপা পোককল্লে!
নৈহৈদরে নৈপাক সে। লম্জানিস্থ তাফল্লে!
উরবরা তৌরিসে ?—ইনে কৈদোরবগে ?—
খম্বুই মৌপা লাইরবা লমজা মাগী মউম্নি,
খম্ব মাগী শমদোংনি। য়েংউনেসে উল্‌-অসে!
লাইরবদি অঙাংদো নৈরমখিস্রা হৌজিকপো।
ওরাং ইমুং থেংবদা লাংগোই খোংনা পুন্দুনা,
উপ্প তারে উপ্প চিং গোম্ম কারন থাক্নুনা
কথেন চেগাই থক্লিদা হা কে থৌরাং তৌরম্মে।
ইমুং ওানফাংদিউদা থংগুকুনা ন্নরাদি
মজাইবেম্মা থোইবীনা পঙৌ মপা ইবুংগো
চিংখুবগা নোংবানগা ময়াম তাঙ্গাইজন্তুনা,
লমজা মাবু বংনকই। থবাই মক্তি মাংঃমদ্রি
উত্থুপ তাগুম তারম্মে। নোংবান চিংখু অনিদৈ
মুন্দৌবনি থাদোকনা। ইমুং ওাক্রকপন্তুদা,
ময়াম জানরকুনা, লজা মচেম যাওখরে
কৈরোইজাম্বা মবাইনে মচান চাওবথেংনখ্রে।
মজাইবেম্মন যাওখ মবাই দনা পোত্থনা
কেগে চৈথাপ তাদ্রদি, পুমাং লোংলই দনা
পুখৎখরে ময়াম্বা মনাও গো, নোংবানগা
অনিন্থুনা তৌবনি খুশাজদি য়াবনা।
নিংথৌমক্লু খংদ্রেগো য়াওরিদবা কন্নিনো।
চিন থোকপদি যাদরি; নচিন নত্ত্ব ককখিজিগা—
হাই হাই তাহৈদরে হাই তাইদরে! পাম্মুইদা!
কন্নি ধর্ম্ম কৌবনো! নৈহৈদবে মোইবাংসে!

লমজা অদো পান্দ্রবদা। লৈপাক্কীদি মাইরোংদে।।
অঙোম নোংবান যুবরাজ কত্তেদকো অনিদো।
অনি অসি লৈরদি য়ারোইদৌরে পানবদি।
নিংথৌ পাক্রে লৈপাক-সে ঙাগী শাগী লৈপাকপু
ওইরেদকো মাংঙেদো। মোইরাং নিংথৌ মপুনা
করি য়ারেল-লগবা।।" সুম্মা ঙাংনরকপনা,
অহুক চাওবা কথেন্দো অরৈবস্ত লৈদরে,
অয়োনবস্ত য়োন্দরে পুল্লপ পুল্লপ তাসিন্নৈ।
উ য়ুংবগুম লৈনগ্রে। লমজা চুগী খনবদা
য়ানখরে ময়ামদো। মিংচ পিবু তানখি।।
কেগে থোংলেন মহাক্কী অশানবা মনাই মুপী,
শিংজা কোকথোং অমগা, ইন্দাং কোকথোং অচুগা
পোৎ অনিসি পুন্থনা সেম্বান হাবী অনিসে,
চেম্বংলকই কথেন্দা, তারে মুপী অনিদো।।
"হীঃ করি য়ানো! সুম্মা মজাই-বুংঙোবু
য়ৈরে হায়বা য়াসিদি মপা-মমা অনিদি,
ভাহোদরি" হায়দুনা দমদম থাদরমদুনা,
চেনগ্রে হম্মা য়েঙঙমদে।। শিংজা কোকথোং অচুনা
তারে লশিং মথক্তা! লশিং য়োনবী অচুনা
লংঙে অমুক শিং অদো ঙায়োনকমদা তারুরে।
তোংলে ঙাগ লশিংগা ঙায়োনবীনা লংবদা
কাত্রং য়োনকম য়াখরে। কাত্রং লশিং ঙা 'হুম-নি'
কোংলে শিং অহুনা।। ইন্দাং কোকথোং অহুনা
চাইরে সংগোম য়োমকমদা সংগোমচুগ, ইন্দাং
অনিহুমা তিন্নরে।। 'মৌগী লশিং মরক্তা
মৌগী কাত্রং, ঙারক্তা মৌগী সংগোম মরক্তা!
য়ানবীদি কনানো? ওক্কবীদি ওইদবী!"

শময়গা শময়গা পায়নরে। খুদোঙ্বীগী লাল হৌরে।
য়েনহৌরে কথেন্দা। খামজিঙ্খি যমৈদা
"থোংলেন মনাই সুপীনি—কিংঙনা তৌবনি,
লময়া যপাও তমবা চেনখ্রে থোংলেন মনাজ্জা।
লমজা মাগীদময়্রি, মাঙসনু কৈদৌগে॥"
চায়হৌরে অস্থয়া। সুপী অনি চেল্লকপা
উরে চাওবই মনাইদি নিপা অনি অমনা।
শক থংই অনিমু মরম হুসু থংখরে।
"কৌহ্না মুক হংদোকসি, অম 'মদা চংপ্রস্থ
হুদা চংসি উনসি।" শায়না নিপা শিংঙনা
সুপী অনিবু কৌই। কৌরকপদু তাবদা
পাখংখরে চেল্লকই—সুপী অমনা 'মদা,—
"শা য়াইম সুপী চেল্লো! 'থোইবুসু হাংকে লাক্লে।"
হায়না চেনখিবদুনা থোংলেন মানা মাংগোন্দা,
হিদাক থকইঙ্ক মাংদা চেনশিন্দুনা তুরুরে!!
থোংলেন কিংনা—"করিনো ?—লাকএ লাকএ ইবুংঙো।—
কনা লাকশগেন-হাই ? লাকএ চুরান্ খাবনি!—
হীঃ! চগদবী শিংসে! বুদ্ধি তাখো চাইখোনে,
কৈগী যুমদা তোকপনা চংবা হৌনদবনি॥—
লাকএ 'বুঙো ঙসিদি হৌনদবা হৌনরে!
তানিংদেন হাই! দং-উই! যৈতৈগা পাওনগনে
হিয়াং তাম্বগুম্বা রাগুম ডাংব-শাবুনে!! —
দো ইবুংঙো লাকএ তু!" চাওবই মনাই অনিদো
চংলকপদু উবদা কিপ্রে সুপী অহুনা॥
অনি হুদা থোংলেনব—"কনা কনানো হাই ?"
হংবিরকই অথৌবা! "থোই নভাওগী মনাইনি!
খুমজৈ নিপা অনিদো। "ইতাও হায়মে ?—লোয়খানগী।—

হাই ! দৎ ! য়োংশিং সিবুনে ! তাম্নবগা কম্নিগা !
অহন্ন কাগি থৌবদি হৌননিংঙাই ওইবরা ?
থিদা ঙক্তবাইবুনে !! মাহুৎ নত্তে ননাই খোই ।
সুপী নিসি ঙক্কু বা, সুমী জাংনি ইবুংঙো !
তাথোকাপিগদ্রো অথৌবা ! - কৰি দৌরুঙ্গদনা !—
ননাই ঐখোই অনিনা - খুবা রা ওইবদগী,
অথৌববু সংগাইদা, লৈরম্-লাকু-অম্মোইদরা,
অইরবদা থিহুনা হ্যাং-কেদি খনবগী
হংনিংহুনা কৌরংরে, ফিংথ্রিবান অহুদা !!
ইবুংঙোবু কেংজগে লাকচবনি ঐখোইদি,
নতাও য়াথং পুহুনা ! - চেংলেলাকগগী ! - বুংঙো !
করিগীনো শাবাংরা লাম্বাং করি লৈবগে ?—
নতাওগী শাগী লানগী পাওদি থোইদোকপা নত্তে,
নপারি বুংঙো লৈত্রে ! কবি - নপারি লৈত্রে !—
চাওবই মনাইশা কবি ? নপারি খগ্না লৈত্রে ! -
হরি হরি কন্দানা ! নিংদে শায় হায় ! কৈনো !!
করি ওংনো ইচাবু ! [illegible] খম্বা !"
হায়রকপদা [illegible], চাও ই মনাই অনিনা -
"খোযুম মথৌবা নত্তে । হাই ! অহুদি করিনো ?—
শামু লাইংদা তাইবং মাপু চংনা নাবনি !—
করি লানো অহুদে ! শামু লানদা হায়বদি,
কনা কুইরে ঐ অসে, তাখিনরি সি মদি !! -
ইবুংঙো মন্ত্রি অসিনি —অহিং তাংলৌ থংবদা,
দোলাই পাবনা কৌরে ! 'কাক্তা শামু ভানগনি,
খোরি কখেন্দা ঙাইহন্নে নাও 'বুংঙো থোক্কুনা,
অহিং কুমগদবনি,' হায়রি হায় ইবুংঙোদা !!
নুপু য়াথং ওইবগী তংঙাইফদা লাকপদা,

নিপা নিফু মঙাগা নোংবানগনা থৈরে।
শম্‌দোং শম্‌দোং ক্লোইরে হায় ; তুরবদা নচানা
ককচেং ওমগুম ওমহনা কথেন তাম্না পুরগা,
মথং খনবা নিংথৌগী লাংগোই য়াইশা পুখোক্লে।
সাম্‌ খুহুৎদা পুল্লে। কথেন চেগাই শৌশা থক
কথেন সোম্ব কারন চিং ঈঙাং পাক্তরুরে লোইরে,
চিংখুবনে নোংবাননে অনি মায়রহনা !!
ইনুং-তু উরকপগা মজাইবেম্মা খোইবীনা,
সুরা ছোরী খুৎতা পায়, তান্‌খাইহনা ময়াম-সি
খুমন মাবু মুহ্‌লোই। মচেন মবাই তাক্তনা
কোরৌ ঙাম্নরুবদা তিল্লে খোরি কথেন্দা !!
নতাও নোংথোন থেংনরে ময়াম সিনা পুথংব্রে
মোইরাং চৈরাপ য়োংহৌরে ঙস্বা লোইনা তিহ্‌লোরে।
লেংথোক হৌরে নিংথৌম্ব হংগৎলুদি হায়রহনা
অথৌবগী চোরোক্পা ননাই ঐখোই লাকপনি।"
হায়রে নিপা অনি'দা। খুমন মপাও অহনা
থাংলেন মাবু ওইহনা চাওব মাগী মরানা
চুংগোই ঙম্না ওইজরে। অথৌবদি থোংলেনগা,
থেংনখৎে অহুমদো।। "হৌজিক শিংদি নচাদি
য়াইবী মাংলয়গনি কেগে চৈরাপ থোংজিন্দা
খরাই ল'ইকয়হৌরি। থিল্লে মথ্রি লেংবিরো।।"
রাসি হেক তারকপদা, থোংলেন পুমঙাও ঙাওখরে,
থোংলেন্না লাওরে—"হাই-হাই ! ঐগুম্বগী ইচাবো
পারি 'বু ঙো খম্ববো। করোং খুকুম্‌গে, মোইরাং
লোইগে, অঙোম মীশানা কেগে সুংজেং ফুল্লগে।
কেগে সেঙ্গ্রা হোপায়গে। হনুবী চিংখুম খুক্কে !
নাম্ন-চিংগো শোয়রোগে। কেগে খোদাক ই-রীগে।

উগাম লেন্দা শোয়বুংবু ভন্না শাগে ঙসিদি !
ঙাথা পিগে অরোংদা। লেংনগে কৌগাক চাওবী
ঙারি। থোংলেন ইতিক্রি ! মোইরাং নিংথৌ মপুদা
তক্ক তক্ক থনমগে। মনাও ইবুংঙো কোনুং
তুম্ব হাৎকে। নোংবানম্ব, চিংখুবা তাংজ শোইগে !
ইচায় লুখা থানগে। ম্যাক্লৌরেন কৈরোইজাম্বা
ইয়োম খম্ব, লুহোংগে। মীতমঙা ওইনরগে,
লোইনা অঙোম ফাহুনা। যুবরাজগী মীচং
ইচায় হৈজিং হৈরাংবু ওইনরগে হান্দক্তি !!
খুমন ইপা লাক-অগে পারি 'বুংঙো ঙাক্লমখো।।"
লাওরে মোইরাং থোংলেনবা। শাদমগে লান্দমগেদি,
হায়রহুনা থোংলেম্না, দুর্গা মায়দি লাওরক্লে।
মনাক-লাংদা লৈরম্ব খুজেং খুজাই অহুবু,
থোংলেন পায়হুনা পাক-হেক—লংলকপবু অমুক্তং;
সংঙাইসেন্দি পায়বগুম চিংখৈ পাংনা পাইখরে ।।
ইংখোন চিথেক চিংখৈগী পুক্রি মনুং অহুদা
ঙানু ঃ তৈ মনাওবু চাকভাজনা লেরম্মি। \
ঙংঙহুনা কোন 'হুনা পাইরকতুনা তাবদা
নল্লে তানু অনিদো প্রান অহুম্বা থাথরে ।।
জীব অনি থোংলেনবা মখুৎ চোংপ হৌখরে !
ঙানু অনি শিবদো থোংলেন থাল্লপ উরকই।
থোংলেনবনা—"জীবশা। ঙানু নতৈ ননাওদি
বারৌগনুকো নহোই। খুমন ইচা খম্বগী
লান্দম্বদা শোকখরে। চেক্লা নতৈ ননাওবু
লেম্ব-মাংদ ওইসনু নিংথৌ মচা ওইনদি,
"পোকউরোকো অনিমক।" হায়না বোর লংগুরে ।।
অমুক রেংগে হায়নুনা তোংঙৈজ ভন্না লংঙকই।

কৌস্ সংলা পাইসিনখি সেম্লাং মতে মমাও'নি
অনি অমা নল্লুরে থোংলেম্বা– চসিদি
জীব য়াম্লা শোক্‌ইদা । মকথরা কনিদা ;
য়ারোনুদো নহোয়স্ ! খুমন ইচা শাজোগী
লাকচ কাওজ লমন্‌বু শিংগে ঐনা নিংবদা,
নহোই পুম্ব শোক্লেদো, নহোই থগাই যাং মথৈ
লমজা ভেংবাংলবনি । লেম্ম মাংদ ওইসনু !!"
বোর পিগ্রে থোংলেম্মা ।। খেম্ব অমুক লাওরক্লে—
"ইচায় করোং খুকুমগে, ভাইখোং তোম্বদি ইনা
তমগে, ইচা লাকচবা কাওজ লমন্ খুম্মগে ।
কবো তাইবোং লৌথিবা, মল্লরো লাংবল্ লৌওল্
লীক্‌ম্বু ইপানা করোং মন্‌শিং তাল্লগ ।
খুমন ইথংঙো ইপা লাকএ তোম্পোক য়ারমু । -
ঐগী ইচা ইনাইশিং । চৈনা কুবা নাদবা !
তান-থিনবা কিদবা অকি লৈত মথৈদি,
চোংথোরকউ ।" হাযনা মনাই শিং কৌথোরক্লে ।
নোংযাই মাগী মপাওদি কাওরেন সনাও মচাগী
ইমা হাযবা খোম্ফম-ওই । মচাই মখোন ভাবদা
খমোই ঈপাক অত্রদা ঈগী ঈথক কৌখরে,
অমুক মচাই পাওহ্নুনা থোংলেন মাগী মায়কৈদা
খাম্বী ওইনা হৈরুরে থোংলেন থোংলেনবী, মনাই
লোইনা হৌরে কাংবুদো ।। মহোয় কোল্লুপ অহুদি
থ্বাইগা ইমান মান্নদে । মীনা য়ৈনি নাগনি,
থাং-না তা না শোক্কনি হায'ব কিব লৈনদে ।
বিদ্য থম্না লৈরবা মীশিং হুনা হরাওবা ;
ভসি চাং ভুক য়েংগনি থে'নগনি হায়বদা
অহুক মত্তিক হরাওই শাফম লাম্ফম অসিদা ।।

কোম্‌্পতুগী মীশিংদি—কেগে লৈপাক অচৌবা
মীশিং লাকওম্‌দবগী হুয়েল লানবু থোকপদা
খেন্দে চাইরেন খুন 'মগা থেংন' তারক্লবদা
অমতংগা চৎপ্লগা মোইরাং তেংগোন পুহুনা,
সেনাপতি ওইবদা মানা মহেঞ্জরবা
ময়ুম্‌গী মক্তুন। অম য়াওদ' ওকপদু
নিপা চহুম চোংথোক্লে। য়োৎকী সরং মুংদগী
খাদোরকপা নোংশানি হৌরে ঙাইরে য়াথংদো
থোংলেন মন্ত্রি মহাক্কী। থোংলেনবীনা—"ইবুংঙো।
নং ঐননে মপংলে। কেগে চৈরাপ অসিদা
কানিংলগা হেকমকা, কানিংদ্রগা তোকথোক।
চুমদরেদা অথোবা। লেংখৎলোনে চৈরাপ্পা॥—
হা। হৌদোকমিন্নরকপী। ঐগী ওইবী * বী!
অঙোম্ * শায়বু মৈ-থাগে, যুবরাজ রাংগোন তম্পাক
ময়ুম খাম্বী মৈ চুগে কেগে চৈরাপ শিদোক্কে!
চরা মক হন্না অহুক কাররোই তরা হুবু
চথোম 'মতং চারগা ঐবু কাগে ইবেম্মা!
চজিক নোংজিক লৈবরা খর য়েংউ হঞ্জবী!"
থোংলেনবীনা—'কৈদগী শাবু লানবু চৎপদা
ঙরাং তরাচজিকপু—ঐনা থোবাং তৌজনি।—
ইনাও য়াইমা অতোম্বী। খিল্লে চংঙো কদৌরি
চৎলো! ঐস্তু চংলক্কে!" মচেম য়াথং ফংজরে।
অনি অহু চংখরে। থোংলেনবীনা "ইবুংঙো!
লোয়ুম থোংলেন হাখিমু!" হায়না পুক্লিং কাখরে!

---

* শায়বু য়ুম

থোংলেনবীদো য়েংখরে।—"মাঞ্জ, নচা শিদরি।
ময়াম খেংনক্কবগী তৌরদনি খম্বদো।
ফনেক থোয়দোম শেংথৈঙগী লোয়ুম খৌগন তৌরকপা।
নংগী গুম্না শোইরোইদো পারি 'বুংঙো কৈদোদে।
মথুংদস্তু শোইরোইদো লুক-নিংথিনা হাখিসি॥—
মুংঙাইরেদা ইবেম্মা! পারি খম্ব শোইরোইকো?—
শোইরোই 'বুংঙো ফিংবিন্থু।—নংনা খোইবী ওইবনা
ঐগী মঙ্গোল ওইগনি।" হায়রে থোংলেন তপথখি॥
ইরু ফান্দেং লোইখরে থোংলেন; চংগ্রে হজ্বী।
থোংলেন যাত্রা চাক্কিনি খুজাই অমা লৈজরি।
পূজা তৌনা থম্মিবা। খুজাই অদু পুখোক্লে।
যাত্রা চাক-তু থোংখরে। যাত্রা চাক-তু য়েংবদা
তরা মচং মরিদং চোংথংতুনা লৈরমই।
থোংলেনবীহু হরাওখরে। তরা মক মরিহু
লৌখোক্তুনা থমখরে।—"সন্দোং পাংবা ইচানি,
মৈরম ইবুং চাওবনি মপা মচা অনিগী।
চিংথৈ পাংবা তরাদি লোয়ুম মানি, ফরেদা
মঙ্গোল ওইরে ঙসিদি।" খঞ্জখরে থোংলেনবী॥
মাঞ্জ কাদা তমজরে চাক্কী লৈখোন অসিবু
থোংলেন পুক্লিং তপথরে। থোংলেন চাক-তু চাত্রিহৈ
থোরক্তুনা সাজোনবু লোইরে হুকুম তৌখরে॥
মুব করাং তাবনে, থোকচাও শম্ন-নেংপ-ও
মাইজাও কাং মরি, পাপান তাবমগী পত্রো,
লৈরাকু লৈচন্, থুপতেক ঙাতেক, তিংদম্-মান্দম, কেতু
লৈখুন্ চংবা, হোরিবোন্ লাংখোং চোং. চুম্না মনি
চুঙাং খাবা, পান্-থাবম্ পান্নুকোকু—সিনচিংবা
নিপা চহুম লানগীদা সাজোন তৌবা লোইখরে॥

হুই মরিনি, থাদোক্লে। লালোইনবা হুইজাওনি।
মচু কৈমান ওাক্তনি, নিংদোন হেল্লপ বাংলবা।
মরি সিনা থৌবনা কৈবু ওখাক ওম্নবা॥
লানগী সাজোন উবদা খোংলেন লানশা-চু
লাংগোই সক্ম্ থিল্লক্লে খেক্ল খেক্ল খোংলকই।
তমব নিপা নিপাম্না চিংথোকউরে সগোন-দো॥
মমৈ, মনা খেক্কংলে ফাব-লাকপা ওমদরে।
অরাম্বাই তেন্দোং য়াল্লে। থাংশাং হাপই। মরুমদা
উকং ছোরি ফুম্মক্লে। খোংলেন মাগী লান শাদি
তোংদে মরক ময়াদা লান্কম্দদা তোংবনি।
লান্দা হৈবা শিংবদি মপা লৈতে লাংগোইদো।
মশোং থাংপোক উরুম্-শা, খুজিন লৈম তোন্ব-শা!
খুজিন মরি মওান্দি, লোই৲াম নিপাম্নি পানবা
থাজ মওান হেনবা শা। চিংথোরকপা অমদি
শাবন নম্মক পচুদা কোক্তোন লাম্ন চোংওকপা!
মখোং মরি অচুদা তাওব-মরি অচুনা
অমমম্ন পাচুনা জগোই হৈবী মুপীনা
পুংগী পুংলোন তান-গা-নেৎ চোংন-জগোই শাবওম
ওংব-খোংব চোংওকপা – সনকপ্প নাকথংনে,
সমায় 'ওৌব কোঙ্গোম্পিন লাংগোই চুনা খেক্লকপা,
স্বর্গ কিম্বুরকপওম লাংগোই, তাওব-মখোম্না.
অকিবদি ওইখরে থাংজিং চিংজাও নিক্লক্লে।
লোক্তাক ইথক হৌখরে। লাংগোই সমায় মথক্তা
কাক্লৈ মচুই কিরান-নি বিজয়-বানা থেৎখরে।
সাবন হাপ্প লোইখরে॥ ওাইরে পোংলেন মহাকপু,
চিম্বুন য়েৎলোম ওইরোয়দা নিপা অচুম অঙম্মা,
পায়ন লাংগোই লান-শাবু; মতু চুংই সগোন্দো॥

খুৎস্থ খুৎলাই লান-চুগী অমুক-তোইন হুরক্লে।
লিরুং অমমম-চুনা কন্‌বা লিংব-অচুনা
থৌদম্ববা তেন-চুবু, থৌনরবা লিরুংনি।
তেন্‌গ-থাংগ-চুংগোইগা, চুং অমগ তা 'মগা
খুৎলাই চিংগুম পৈরক্লে। তাসোন তাদি খংনিংতা,
লম্ব্ তাপাক্ হঙোই-তা লাংসোয় তানান্ চুম-তা,
অথাং লম্লোমগী তাপাক্ -। কুব, কবাক্, তেন্দোং থাং,
থাংগী তাংস্থ সুখরে, হৈজ্রাং ফাওব—য়াওখরে ॥
তরা চথোম তরেৎনা থোংলেন মবুক থনখরে ॥
"ঐ পুক থল্লে ইবেম্মা সিদৈ হেন্না চারগা
রানি পুকচেৎ নাননি।" হায়না থোংলেন তোকখরে।
থোংলেনবীনা থোংলেনগী তরা লেম্বম্বচুবু,
ওইরোম পাংনা চিংথোক্লে তরা অচু চাজরে।
তালোই অতৈ অদুনা সেবা তৌবা হৌখরে।
তরা চাবা লোইরগা থোংলেনবীনা—'ইবুংঙো।
হুয়েন মায়বু পাকনি। ঐগী কাংবু, তুবুম 'মা
ওম্মোই চিংনবিগনু।" হায়জরুরে থোংলেন্দা॥
হুইজ্রি য়াংকোক থারোইস্থ পাদম্বস্থ পাজুরে॥
থোংলেনবীনা -"লোযুম্বা। মাঙ হল্লক্রিফাওবা,
পারি মপাও তাক্রি-ফাও, ননাও শম্ব্ থোক অম্মোয়।"
হায়না থোংলেন হঙবী। থুক খুদক কুন্দুনা
থোংলেনবগী মমাংদা সম্লাং অচু কম্থোক্লে,
তমা শম্বুন পুনখরে। ফনেক অহন্‌বা অমা,
নম্বচুনা হঙবী চরৈ থনিক্ থনাক্-নৈ।
সেংগাও য়াইপুবী চুনা কান্নক থোয়দোম থাচুদা,
লাইরা অমুক শোন্দুনা সেংগাও অচু য়েপখরে॥
মুজা থম্ম' ওইবগী থোইদৌ মুংদা কোম্থোরে

মবুংঙোগী থবাইবু লেংদ' হীগি কোনথরে ।।
থোংলেন লাম্মী মথৈনা মাগী মাগী খুৎলাইদু
পাম্নথরে শেমথরে। শাফী লানফী শেৎলক্লে।
হান্নে সাবোদ লাম্পোৎস্‌সু নিংথৌ ফীনা শাইজোম্বা,
দুগী মথক অদুদা থককুপা নমথরে।
ময়েক ঙাংব-চিংলাই-শা, 'মুব হিরেন শান-হাপ !
তুবি মাগী ময়েক্লে লাইরেন্ মাগী মওংগা
চরৈ মথৈ নিংথিরে ।। পজেং নান্‌ব মথক্তা
পজেং নান্‌ব অম-হাপ। ফীরাম্-নান্‌ব মথক্তা
ফীরান-নান্‌ব অম-হাপ; শেম্ব শাব লোইখরে।
লোইবু লোইফাৎত্রিঙৈনা,—নোংমংদে খোংলাওবস্‌সু
লৈতে ইহাঙ ৎাঙননি—ইকোয়-কোম্বনা তু'ওইনা
ইলং-লংনা থোংলেনবু য়ুগ্নি নোংথাং কুপ্লক্লে ।।
মনাই-শিং—"কৈনো কৈনো। দুর্গা। দুর্গানি।" লাওনৈ।
"জয় ওইগে।" হায়দুনা থোংলেন সোর য়েংদুনা
খোংকাপ য়েৎলৈ থাংলক্লে। মন্ত্রি মশক উবদা
থেককুপা-লাওবা চোংঙকপা লাংগোই লান-শা হুনা
নোংথাং কুপ-তু মঙাইরে। সগোনদুগ থোংলেনগা
অনিদুদা উবদা অতৈ মীদি থমথরো ;
সুতি লৈথাক তিম্নবা কিরে মনাইশিংদু ফাও।
কোরৌ মঙান মপুংফা, সুমিৎ লখা অমনা,
চাকথেকলগে হায়দুনা প্রলয় সুমিৎ অদুদা,
পৃথি মরোন পুম্ববু—থোরকপদি সুমিৎকুম,
মোইরাং থোংলেন অথৌবা, কোরৌ লাংগোই তোংবগুম
কারে লাংগোই থক-তুদা ।। সুংশিৎ সুংশা থৈথরে .
জয়গী ধনি লাওরক্লে। পজেং ফীরান অপুম্বা,
কোমুং লোমদা লৈরক্লে। মমাই নোংপোক পাংথরে।

মমুম ভুংওইনরক্নে। মনাইশিংনা য়েংবদা
উরে থোংলেন অহুম-খক, থোংলেন অনি মাং-ভুংদা
য়াইদা অমা চংলকই তেংগোন অহু চপ্পুনা।
ময়াম অহু ওক্লরে— মূবনা - "ভুমিল-লৈবু
গুপ্তা সুন্দ মখংউ।" সুম্না থামই ময়াম-সি॥
থোংলেন লান্-খোন তৌরক্নে। থাংজিং কোল্লু নিক্লক্নে।
কিম্হদৌরে চিংমায়হু লোত্তাক ইপোম' য়েবদা
থাংগ চিংহু পায়দৌরে মোইরাং হায়বা লৈপাক-ভু
লপট্রেগুম্না হায়রক্নে। কেগে কোম্নুং লান খোম্না
উফুল ওইনা পাইদৌরে। মোইরাং খুকু খুকু নিক্লক্নে।
হাংলু থিল্লু হায়বন মোইরাং নাকোং সেগাইরে॥
অনা অয়েক অঙাংশিং শমু থক্তা হাপ্লরে।
থরাই থোংজিন য়ৌবদা কাক্তা রোমদা ওল্লক্নে।
কৌব্রিনৈঙনা হৌরক্নে সুংশিং মরি থোংলেনগী।
মোইরাং খুল্লক অহুবু প্রোক প্রোক নৈথেরকপহু
ভুমগৎলকপা সুংশিংনা উনি মানি খংখিদ্রে
লৈতেম পুম্নান মাম্নগ্রে। "মাঙে মাঙে করম্নো
লাম্নোইনবা সুংশিংনি থোংলেন হুয়েল-লাহেল্লোরে,
মচায় লমন খুমগেদি— মাঙে মাঙে করম্নো!"
কনা 'মনা— "ইনম্মা নৌপ্না খোইদো কাখিনে।—
হোয়নে 'খোইসু কাখিনে। ইনাও য়াইমা কম-দৌনি!
সুপীদনা করম্না যুম্বানগনি মাঙেগদো।
পাপী যুব্রাজ নোংবান! অঙোম মচা য়ানবা॥"
সুম্না চৈনৈ ময়ামদো। কোংগায় অমা লেপ-ওমদে।
লম্বীহুদা থোক্লুনা থোংলেন মাবু লাওরকই।
খুৎতা থাংশাং পায়দুনা লাংগোই সয়াং খক্তুদা,
তাওব-মম্বি অহুনে নিপা চহুম অহুনে,

তৌরকপহৃ উবদা—লাওরকইবী সুপীশিং
কিখিবনা অমতা মমিৎ পাংদে উইশিল্লে।—
"মন্ত্রি লাল্লোই ভাম্ববু।—পাপী অঙোম কাংবুগা
চিংখুবগা নরান-নি। ঐখোই খ্বাইদি য়াওজগে।
নচাই মঙ্গোল ওইসনু। লৈপাক 'খোইবু হাংপিন্নু।"
স্নম্না ময়াম কপ্লকই॥ থোংলেন মানা—"প্রজাশা—
ইমা ইচেম ইচন-শা। অতে পাম্বাম শোক-ওইকো!
মাগী মাগী কর্ম'গী মতুংইনবা লাক্কনি।"
লাওই খুমই অস্নম্না॥ ময়াম শোকওই হায়রুনা
পোৎথানখি ময়ামদো লুমই পূক্লিং খরদং॥
থাগৎহৌই ময়াম্না—মঙ্গোল ওইয়ু হায়হৌই॥
কাক্কা সুংশিং মরিহৃ য়োরে থোংলেন নাক-তুদা॥
থোংলেনবনা মরিদো মনা তোন্দা মমায়দা,
থারহুনা খুবাক্লা—"নহোয় মরি য়োরম্মো।"
থাগৎলক্লে চৈরাপ্তা। তকুথৎলক্লে মরিদো
প্রলয় সুংশিং ওইহুনা। থোংলেন লাহৌরকপগী
কংপ্রে ধনি অহুবু। সুংশিং মরি অহুনা
মোইরাং লমজাও অহুবু ফক্লোং কোনগুম কোম্বৎপ্রে।
মাংঙে মাংঙে হায়হুনা পাখৎনরে লৈপাকতো॥
চৈরাপ থোংজিন য়োবদা চৈরাপ থোংজিন হুদগী,
পামেল কেলি পাম্বীহৃ লমনি লম্হুম্ কারগা
থুদেক্তুনা সুংশিংনা মালেম লৈদা থাদরে॥
চৈরাপ থোংজিন ফুনখরে। লোইশং মসুংহুদগী
হেন্দোকহপ্রে মী অমা। ঙায়োক চকু সুংদগী
লেপ্লে মাবু ফাবগুম লৈপাক মাংবা তাখরে
থোংলেনবগী মখুৎতা, সুংশা থিনখিবনা
চৈরাপ তিনবা ময়ামদো মীহুল-লবাই কানরে॥

চৈরাপশংগী কাচিন্দা পুল্লপ পুল্লপ তাসিন্নৈ।
চেক্লি লাল্লে খনগ্রনি। মায়োক য়াসি শুমখিদে॥
লাইজ ইরৈ কনবদা খোংখোং উখোং অমদা
কাওশিং শিংতেক পনবগুম চৈরাপ মুম্বী অমদা
শুপ্নে নিপা কয়ানা হেন্দোরকপা কোজাইনা
চৈরাপ সংগী লমদমদা চেংক্রুক পাম্বী অমদা
তরা তরা থুপ্নরে। উপ্রাক্লনা হিপ্ল-য়াও
খুল্ল খুৎক কুন্‌বা-য়াও থোংলেন কিনখিবনা,
মমিৎ অনি উইশিল্লি, মায়গী মখৈ লোৎনখি।
লোৎলি নিপা মাবুদি লৈপাক পুম্বা' উরকই।
মাপনদা উজদে। হায় লোৎলম্‌ইববু,
কোয় লোৎপ লাকপনা থেংউ লাকউবহুদা,
খংপেৎ খংই লাওরকই—"ননাই ঐদি য়াওজদে
লমজা মাবু য়ৈ-লাকপা।" মমায় লৈথোরক্তনা
সুয়া কিখিবহুদা॥ থোংলেন লান-খোন তাবদা,
কিখিবনা চিংখুবা মিহুন চোইনা লৈরমই।
কেলী হায়থরকপদা খংখিড়্না চোংখৎপা,
তুগী তারকপদগী লৈপাক কাইনরকপতু
খংখিদরে মম্মুরে। কৌরৌ হনব' ফাবগুম,
মমিৎ ইলং লংগুমই উখোং তমফা থিনবগুম॥
ময়াম অসি মন্নুংদৈ, নোংথোম্বা, কৈরোইজাম্বা,
মোইরাং নিংথৌ অহুমদা চেন্দে অতে লোইখরে॥
"লেংগনু লৈপাক" হায়না মোইরাং চাওবা লাওরকুই।
কৈরোইজাম্বা মচানা "অসাইদি চিন-এগুয়া
ভুরগা, করি লাংই। নিপা থোকপা চোংথোকউ।
লোংবান কৈদা লৈবগে থোকউ লান-খাম্মুদনা!"
লাওই। চাওবনা—"মনাও ইবুংঙো কৈনো! থোকউ!

ভক্তি তৌগে তৌবিরু, লাম্বেংনগে লেংথোকউ।
সনা হাকথং—নোংবানদে!" চিংখুবদো মহাকপু
কৌরকপা অহুদা ভাবতু হাইফেং তারকই।
তাংজ লৈদা লুকথগ্রে হৌন চেন্সি চেনগমম্ভে॥
নোংবান থিনরকপদা "কারক্ত্রি নোংবান" হায়রে।
চাওবা—"অঙোম নিংথৌ! চাওইদা নোংবাল্ অসে।
নচা নংত্রা নহাকী। মী হাংকে তৌরম্লগা,
পুরকউ করি লোৎলি?- তাদ ইবুংঙো কৈদৈ!
ঐনা থংবা রা নত্তে। যুম্ তোঙাম্নরবনি,
মনাও 'বুংঙোগা-- ঐদি কৈদৈ থংজরুগনি।
করিমত্তা থংজদে!।" হায়রে অঙোম নিংথৌদো॥
চাওবনা—"মনাও 'বুংঙো! করি থোক্লে, হি-থৌবা!
কৈনো তুমিল লৈববো?" ইনসিল্লকপা অহুদা;
নাহেথরে চিংখুবা, মাগীনি হায়বা অমা
উরক্তবা, নোংবান্দ্ লোৎগ্রে মাগী ময়ুমদা॥
থোংলেন লাম্লোইনরকপা সুংশিং অহু উবদা
মোইরাং নিংথৌ মপুনা - "থোংলেন মাগী গুনসিদি"—
সুম্না থনথি সুমিত্তো॥ সুম্না তৌনরিঙৈদা
থোংলেন মানা লাওরক্লে—নক্লিল্লক্লে লম্দম্থু—
"মপু মোইরাং নিংথৌবু! সনা পুক্লিং লাংবিসু।
নোংয়াই ইচা! য়ৈব-তা থোংলেন ঐগী ইরান-নি।
চিংখু-উরা ভেহৈলবা, য়াংব-নহা পাঙ্জুম্বা!
মনাও 'বুংঙো যুব্রাজ!! অঙোম নিংথৌ মপারি,
মোইরাং নোংবান—অনিদো থোংলেন ঐগী লাম্মাংদা
লাকহনবিযু ইনিংথৌ। তাংজা লুয়েন ককতুনা
ইচায় লুখা থানগে।" থোংলেন নোং থাকপঙুম,
লাওনা লাওনা কাবক্লে। মঙা মকী য়াইমবা,

মহাবীর অর্জুনা বিরাট মাগী লান-হূদা
মুংঙাইভবা মৈদগী কৌরোব মাগী ভেঙ্গোন্দা,
খোংমী লাম্মী কনাগী জীব অমা খাক্তনা,
তেন অমমম্ য়েন্ন-থা খুংখিবগুম অর্জুনা।
ঙসি কৌবা কোরৌদা থোংলেন মানা লাওরকপা
মোইরাং মীপুম তিংনদি নাকোং সেগাইগদৌগুম
তাগ্রে। লোইন-নিক্লরে। তেংগোন নিন্‌বা লাওরকপা
লানগী মথোন অতুনা থাংজিং চিংজাও পাইদৌরে।
কেগে কংলা তম্পাকময়ুম লানগী মৈরী রাইরক্লে
শুরে খম্ব-খম্বুস্থ সেন্নু থোইবী তারক্লে !!
লমজাউ থোন্‌ন চারকপা খাম্বী মৈগী মৈমাংদা
ইকং ওইবা প্রঙানা, সজি মচা ওইরবা,
চিংখু নহা পাঙুম্বা মনাও হূনা খিজবা,
মঙ্তৌ অসি উবদা লাইজ ওইবা নিংথৌদো—
পূক্লিং রাংবা লৈথৈ-তা, মুংশি কোংব-লৈরিক্‌-চাম্,
চিন্নান থক-খা কংখরে। লোইবী মানা ওইবদো
মালংবগী খোক্তেন্দা পুকচেন তপ্প নিংথৌনা
তৌরে সনা বুদ্ধিবু। মোইরাং নোংথোন অঙম্বা
কেগে ইফন রায়েনবা মনাইহূবু য়েংহক্লে।—
'ইপু চেংলৈরাকপবু। মফাদোকী মফাদোক
মথামদোকী মথামদোক নতাও মন্ত্রিগী মৈসে
মুৎপিহ্নুনা ইপুনা লাইজ ওইনা নোংথাম্বা!
রাখন তৌবিহূদা!—লান্-মায়োক্লগদবা,
লৈরি অঙ্গা, ইনিংথৌ!! ইপু কনানো? ননাই
নোংবান ননাও ইবুংঙো। অনি লৈরিবদবু।
সনা পুক্লিং কন্নিগী চিংনবিবা লাইনিংথৌ॥"
হায়না থুম্মে চাওবনা। মোইরাং নিংথৌ মনাওদা—

"শানৌ তোনবু। ইনাওদি শাদ-লানদা হন্দবা,
লিংজেন কব ইনাওনি থোকও কৈদৌরিবগে ?
নংতনদি মী-'চাবু য়েরোইদবনি নংনা।
থাং-তা য়াম্ন হৈবদায় ? হীগংলসি, থোকপিয়ো।—
নহাক থকীবু মোইরাং তুম্বদি তৌহনগনু।
থোকও, থিল্লে, থেংনরো। নংগা পোকমিন্নবদি
নংবু যুব্রাজ হাপ্পদি কেগে লৈপাক তুম্নবা,
হাপ্পরনে শানৌতোন। অহিংদদি হৈরগা
হৌজিকতি উচি মখুন চংলবদি করিনো ?
তাংজ ইকাইদবরা ? চু চান্না শিনিদো—
ঐ ভুইরন্নবদিনে। মীগী মচা করিগী
হাংকে তৌবিরুবগে ? থোকও মতম ওইরেনা॥"—
নোংদোন খেংনা রাংলবা লোকমাই কয় শুরবা
উতুপ রাতুপ পামেন্না কাওশিং কাওরাং কয়ানি।
কুমগী নোংনা তাও-মখে লোকমাই থুম্ন তাবদা,
লাইজ মানা ময়ামহু চেম্বরক্লে লোইনবা।
তুরেন লাইজ খোংন্নুংদা লাইজ মাগা লোয়ননা
তকথরকপা অহুদা মবুক খুবা তুরেন্না
পুঙমদনা রাবগুম ময়াম্নুংগী য়াথংদো,
খোংলেন লানগী থনীদো, পুঙমদয়ে চিংখুবা ;
থুরু থুদক কুন্দুনা থাঙে—চৈরাপ মাং হুদা॥
মবুক তল্লা নিংথৌনা অপংবদি মনাওবু
চিংসিন্দুনা তুংলোমদা থম্জিনখরে। লৈরাংদি
মউ নাপ্প পামেল ওই, কোরৌ থক্তা কাবদা
লেপগুমদবা মউদা পামেন অমা য়ুংহুনা
লৈরাং মাবু লেপহনবা ; লাইজ ইচেন কনবদা

স্থংবা শিংনাং নদৌনা, হাইন-খাংব মনাওবু,
মোইরাং নিংথৌ মপুনা নাখন ওইনা লেপঊরে।
লাইজ ইহন্ তাহল্লে। ননাই চাওবা নোংথোম্বা
লৈশিন্দুনা হায়রকই—"ইপু নোংথোন সিনিদো!
লিংজেন লৈন তৌবদি নত্তে মহোয় অনিসে।
মরিল লৈবা নিপাদি হুরান লীচৎ চৎনদে।
লীংজেল লৈতবা 'য়ম্বা মীতনা হুম্ তৌবনি॥
'য়াম্বনা নিংথৌ ওইরি" হায়না তৌরুবা তারে।
পন্থৌ ঔগী মথাকনি, অমৃত মমৈ থরু,
পোকমিন্নশিল্লুরেদো। ওক্তবাইবু ঐহাক্লি।
মচা মনাওবু য়ারক থৌবাওদবদি ঐনি।
করম দৌসি হায়বগে য়াখন তৌনে ইপুনা।"
মপুই য়াথং তাবদা চাওব য়ানা—"ইনিংথৌ।
করম তৌজৌ হায়বগে? লান্ থাম্মুনে ইপুনা!—
ননাই ইতিক নংতরে।—মাংবা তারে নোংথোম্বা।
করম দৌনি অত্থদি।—চংলক্লবা মতমদা
কনবা য়াবা মখৈত্থু ইপু ইনাই চংত্থনা
য়াব মখৈ কনসিনে।—তৌন্নু ইপু মাত্থদি,
য়াব কান্দা নংবুস্থ ঐগী মহারাণীনা
কনুজথিবা য়া লৈরি। ইপু শাওবিগন্নুনে॥"
মপু মোইরাং নিংথৌগী অতিংবদি য়াথংদা
মুংশিখরে চা[illegible]। রাকৈ অত্থ মপুগী
চাওবা মাগী নাকোংদা চংউকপদা নোংথোম্না—
"চুমই সিবু, ইবুংঙো। ননাই 'পুনা ওম্ময়োই,
নিপা অমত্তনদি থাম্ব ওয়্ন উজৈদো।—
কনানোনে ইপুবু?—ননাই লমজা থম্বনি,

মান-খাম্ব নত্তনা ! —করি য়ানোদা ইপু !
য়ায়রোই হায়বা উনা, হায়বা মাল্লি মাহুদি।
উত্তুপ তাগুম তায়বা খম্ব নমাক লমজনা
করম্না লান্ খামগনি। তৌমু ইপু খাম্বিবু !!—
মাগা মশক মায়বা নিপা সিন থোক্কুনা
মানা খম্ব শাহুনা খাম্ব নংতনা 'তৈনা,
খাম্ব য়ারোই লাল অসি। কনানো অহুবো ?—
ননাই ফৈরোইজাম্বনি !" চাওব হুন্দোক্লমহুনা
ফৈরোইজাম্বা রোমদা ওন্সিনখরে নিংথৌনা।
"ফৈরোইজাম্বা ! ইনিংথৌ ! —কৈদৌরিবগে নংবো !
ঐবু মুংশিন্নবরা ! কোয়ৌ খুদিং লোইনবা
চামিম্নদো থকুমিম্নে, নখুংনা ঙপ্প পান্ন
ঐনা মুতি চাবন কাওরবরা নহাকপো ?
ননাই খামগে ইতিকনি।।" ফৈরোইজাম্বা য়াজরে।।
হাংলু থিল্লু, হায়বনা ফুজিল্লকপা অহুনা
মৈ হৌরে —লাল্লোই তানবা ; অউন কথেন্ পায়রক্লে !
ভাংথক লৈত্রে লান-থুদি।। চাওবনা হায়, মচাদা—
"মুম্না খাম্বা-য়ায়রোই, ইকোপ-পুংদা খম্বনা,
কাও কাবদা শেংখিবা ফীজেং অহু নংতনা।"
হায়' তাকপিরে —'কমদৌনি—থেংগদৌরববা
খুমন মাগী ময়ুমদা কৈদৌঙেদা লৌরুনি।"
হায়নরে নিংথৌ য়ারে। নোংথোম্বনা কৌরকই—
"কংলা সংবা কনা লৈ ? বাংফদব নিংথৌগী
বাংতনবা ঐহাক্না থম্মিবনি লাংহুনা
পুথোরকউ।" হায়বদ' পুথোরক্লে ফীজোন্দো।।
পেল্লে মোইরাং নিংথৌনা চাওব মাগী খুজিন্দা।
ফৈরোইজাম্বা শেংথরে। চৈরাপ থোংগী থোংজিনহু

কৈরোইজাম্বা পায়হনা চৈরাপ খোংকৈ ওইনদি
লেপ্লে তরেৎ সেলুংবা ॥—কুমগী মতম ওইবনা,
থরান্ হায়ব থাজদা—পামেন মউ চাওরবা
তলা মনা পুংলবা' মশা ফন্‌বা উজাওনা,
লাইজ খুনাম চোৎন কুম ; পাৎ-খুল্লক সম্বনা
পৃথি মশক উত্রবা লাইজ পুন্নং লংগ্রবা,
কোরৌ মথোং ফুমদি নোংনা পুম্‌কুপ কুপ্পদা,
পামেন মাগী মরানা—মালেম্ লৈকন্ চেৎন-কা,
নোংদোন থক্কী নোংছুবু তলা মকোক খোংন-পু,
খুন্দোন্ লম্মাং লমজাওদা চিক্ক মদোম হৌরবা.
থাপ্ল-তাম্ল উবদা মায়কৈ লেপ্ল পামেনগুম—
মোইরাং নোংথোন মপারি তরেৎ সেলুং হনবদি,
খুমন চম্বু পোঞ্জেম্বী খম্ব মাগী মথংলেন,
মবাই কৈরোইজাম্বনা মমাল লালোই তাম্বগী
লান-হু থামগে হায়দুনা কোরৌ মৈশা লাংলবা
কেগে চৈরাপ থোংজিন্দা পাখং মানা লেপ্লদি—
অউৎপনা উৎপগী অউবদা পান্দুনা—
অনি হুগী মশকপু করম হায়না থারুনি।
নিংখিজগ্রে সেলুংবা পেল্লে মোইরাং লৈপাক্লা ॥
খুমন মসেন শাহুনা লাওরে কৈরোইজাম্বনা—
"ইপাইবুংঙো তাবিয়ু পন্থৌ লাল্লোই তানববু !
পন্থৌ লাংওল-অমদা ককয়েন নোংদম্ সুজা'-দি,
অথৌববু হায়দুনা কোলোয় পাও থেম্নবনি।
ইপাই কোলোই অমুকত্ন 'কাপ্পী অথৌব'—হায়না
শিংখানবা ইপানি। হান্দক পন্থৌ কোলোয়দি
"থোংলেল অথৌবা"—হায়না কাওরিবনি ইপাবু !
যুগ কয়াবু পুন্সিরবা ইপা ইবুংঙোনিদো।

পন্থৌ হাবিখিগন্নু। খুৎলাই থাদোকপিখোদা।
শাওবা মৈরী মুৎপিখোদা। খম্ব কৈদৌয়ে হায়বা
পন্থৌ তাখিরবগে? হৈয়ু মসুং সংদরি
খোংনাং কাউবী মনাম্নু ইপাইবুংঙো নিঙ্ঙেদো।
হেন্দো নাহে চন্দেদো, তৌরাং কক্তা ওন্দেদো,
লুচুং খোইবাক শাদেদো. খুমন নচা খম্বা-ঐ
ইচু চুবুম অমত্তা তেকপা হায়দবু, খোয়জ্রি!
মচিন খিব কনানা ইপায় কাদা হায়জিনবা!
লৈপাক কায়নবা রাবু নিংথৌ পুক্লিং লাংনবা!!
মোইরাং মচিন থিবনি শামু খোংদা য়েৎতেদো
লাংগোই খোংদা পুন্দেদো। তখেন সাঙ্কুং হনবগ্রা
ঐগা শিংনৈ, সেন থানৈ লৈপাক কনা খংনদে।
শামুগা নপারিগা চিংনৈ ইসুং তৈবদা;
ঐন শামু চেপ্তুনা চিংবদা ঐগী খুকুউ
লৈপাক তাখিবদা কখেন চেগাই মতোম্না
খিন্দংখরে। অহুদা ঈ খরদং খোকপদা
হায়জিনবনি মোইরাংনা। নোংবান্ য়ুবরাজ অনি
কুম্মে য়েংজবদনি। ইকোপ পুংদা শেৎচবা
ফীজেং অহু শেৎতনা শামু পাংগন য়েংনবে,
ফীজেং ফাওবা হোংজদ্রি। ইহাক-থকী লৈপাকপু
কাইরবদি নচাবু পন্থৌ-'বুঙো। অয়োনবা
হায়বহুবু খোক অনি। পায়ম পুক্লিং হনবিয়ু॥
উংঙোই পুক্লিং তেবিয়ু। নপারি কৈস্নু তৌদে॥"
কৈরোইজায় লাওরক্লে—খোংলেন তারে উরকই।
মনাই-শিংনা—"ইবুংঙো! নপারিনি আদেসে।
শামুগা পাজন য়েংনৈ হায়রিনেসে।" হায়রকই।
খোংলেনবনা—"ঐহাক্তি ফিংউরেদা।" হায়রগা

ময়াথংনা লাম্মীশিং তাসিনখরে থাম্বখরে।
কোয়ৌ মায়থোং ফুনমখৈ নোংনা মম্ন লাকপদা,
মালং মানা পুখিবা নোংদোন পুমশেং শেংবগুম
থোংলেন ভেংগোন অচৌবা চোইথোকখিদে তাসিনৱে॥
মায়কৈ শেংবা 'তিয়াদা কোয়ৌ ছন্দোরকপগুম
লাংগোই সয়াং থক্তগী চোংথত্নুনা চংলকই—।
চৈরাপ থোংজিন অদোমদা। চাওবা চৈরাপ থোংজিন্দা
থুগু্না লৈরে ঙাইরে। থোংলেন চংশিল্লকপনা
থোংজিন কান্সিল্লকপদা তুংলোমদগী নোংথোম্না
মতাও থোংলেন মখাংদা স্নপকোন খুজেং চন্দুনা
ক্রক লাওনা কারে চাওবা। থোংলেন মথোং খিন্দুনা—
"কনানো?—ঐনি।—চাওবা?—অথৌবা!—করিগীনো?
নংনদি নচা চুপকে—পারি খম্বা হায়ত্নুনা,
কৌজরকপা শারিদো। মাদি কিত্নুনা চেনৱে।
লেংগম্নু কোম চুপউ। শাওবা করো!—ইতাওবু!
ইকাইদা থোংলেন ঐদে। নিংথৌ 'বুংগোনা, ইতাও!
মুংঙাইরবি য়োইদকো! ঐদি কিরেদা চাওবা!
খর পুসিন বিয়ুবা?—নংদি কিদি কিবরা?—
হি করি য়ানো ইতাও! ইপা ইমা লাই গুরু,
নিংথৌবু কিত্রবদি নতাও ঐদি মুর্খ-রা!
কিৱেদা ইতাও কয়ো!- তুদি নংদি করিগী
লান কারকই চৈরাপ্পা? ইচায় মৈন মম্নুরে!—
অহন থংদা নংদিনে চোপ্লখিনি য়াম্লনে॥"
হায়না চৈরে চাওবনা। থোংলেন ফাকু-কাকু নোকথোকুই॥
থোংলেন মানা—"নোংথোম্বা! পান্ন চাব-নংঙ-ক্রে।
চারিত্রা খর ইল্লু!—য়াম্নু য়ামৱে।" হায়ত্নুনা
ঙাংনৈ চাওবা থোংলেন্না। মরুপ অনি মুংশিনৈ

মিংতা পিবু তানরে। চেক্লা মচা নদৌনা
থোংলেনময়া কাখৎলে। চেক্লা মপী শাদুনা
থোংলেন মতাও ময়াদা পাম্ন চিম্না থেংননা
ইনজখরে চাওবনা। থরাই তানা চাজরে,
অশাইবদি পাম্ন-দো লাল্লোই তাম্বা অথৌবা।
গুরু গুরু হম্থখি—অশাই লাহল্লোরকপদা
শাওরকপগী থোংলেনগী লুদ য়াংদা লুখমদা
পহল্লোবদি মখেদো। শাওব পুষ্ফ-ফথরে॥
তাহোই চাওবা 'খোনস্থ। "ম্নারে ব্রা তাকথোক্লগে,
মিহুন মতাং সিদগী ঐনা খাম্ব ওম্মনি।
হোরেন নিংথো মনাকতা ওাংউবদি ফত্তরে।
মম্নুং য়ৌজ্রিডৈদা—" হায়না খম্ন চাওবনা
মতাও থোংলেন য়েংলক্লে;— "ব্রা অমা শায়গে শাওদ্রা?—
শাওরোই। হুজিকীদো 'তাও! নমাঙ্গ খম্ব নত্তে!
নিংথৌনা ব্রারবদা, মসেন খম্বা শাদুনা,
নংবু পম্থৌ হায়হুনা খাম্মম্বনি। অহুনা
নমাক্তি চেনগ্রে লোংগ্রে নংবু কিজরহুনা।
খম্ব হোগৎপা ওমদ্রি।—ফৈরোইজাম্বা?—হো! মানি!—
উম শিংইদা পুংগুাইরে। ইচা লৌবা মতিক চাই!
ফরে হুদি চংলসি।" হায়না থোংলেন চাওবদো
কোরৌ খেৎনা পায়রবা চেক্লা ওইনা মপুগী
সাগন তুফাং ওইহুনা মপু সনা মাং তাম্ন
চংগ্রে চৈরাপ মাংহুদা কেগে লৈপাক তিনবগী॥
সনা চোরোন খুরমই॥ মপু মোইরাং নিংথৌনা -
"ই পুমম্নিবু! অজ্ঞা!—ইপু নোংথোন! ইনিংথৌ!—
ইপু মম্নি শাওগনু! ননাই ঐ ইচায় মৈনা !—
দোষ লৈতে লাকপিসি! ইপু পাম্ন চাবিব্রো॥"

কৌশিন্দুনা পাম্ন-তু সনা খুৎনা লৌথৎলে।
থোংলেম্না ফীগাও শানা লৌজগে তৌবত্থদা
নিংথৌনা য়াদে—"ইপু। এ ইঙ্গগে।" হায়বিরে
খুরু-খুদক কুন্দুনা থোংলেন ময়া কাথোকই।'
থাদবিরে পাম্ন-তু, পিরে চাওব মনাইস্থ।।
থোংলেন লাম্মী ময়ামদো তাসিন্দুনা লৈখিবা
নিংথিখরে য়েংবদা। কিনবস্থ থেংনরে।।
চাওবনা– "ইতাও মন্ত্রি!—ইতাও!—ঐখোই অনিদি,
থাদোক্লগন্নুসিকো।—কৈ।" হায়তুনা থোংলেনগা
থোংলেন মাগী ফম্ফমদা ফম্বিন্নখি চাওবগা
কেগে লৈপাক অতুগী চৈরাপ কোক্তোন মক্তদা।।
মোইরাং লৈপাক ঙাংনখি –"চাওইদকো চাওবসে।
চাওজসন্নু মতিক চায়। চাওব মানা চাওদনা
কেগে চৈরাপ অসিদা চাওজরনি কনানা।
চাওবু চাওদে নোংথোম্বা। মতাও মন্ত্রি সংগনে,
মরৌশিংগা ফবনে, কেগে চৈরাপ কোকতোম্দা
নোংথোম্বদা ওইবদা ফমগ্রে ঙসি চৈরাপ্তা।।"
স্থম্না ঙাংনরকই। ফমইবদো চাওবনা
তারে উরে থাংগ্রাকপা।। খ্বাইদে অহন ওইরবা
কেগে লৈপাক অতুগী ফম্নাইবদি অহন-নি।
অস্থকপদি উমংগী উনা শিংনা তারবা
পামেন থাদা লৈরবা পুখ্রি গুম্বা মবুন্দি।
অপুম্বদি প্লখ্রিদা খম্বাল লৈরাং শাংতেদো।
থাংগ্রাকপনা লাওরকই "নোংথোন্‌ফম্‌দনা কম্না,
মন্ত্রিগী ফমফম্‌দদি—" রাহৈ অসি য়োৎদা,
মথা তারক্লিংইঙদা সনা মায়থোং লৈসিল্লি।
খুমগে তৌরকপত্থদা নিংথৌ ঙাংব নংহৌদে।

মোইরাং চাওব নোংথোনবা ককুরাই ফবা নিপানি -
"সুপীদোনা করিনো। নিংথৌ কন্নম দায়দদি
নরৈলোম্বা, হৈতবা। নংতা-চার' সুংঙাইবা।
চারমদায়দা চংলকপা, করি হায়ে মেন্দাংবা।।
অঙম্বা অমৈ নাক্তা ফম্বদিনে য়াবনি।
মন্ত্রি ফম্বৈ ফম্বনি। করি খংদনা ঙাংই।।"
হায়রে থাংগ্রাকপবু। চাও'ব রাত্থ লোইফাংত্রি।
মপু মোইরাং নিংথৌদো থাম্বী থক্তা লেপখরে।
থাংগ্রাকপবু যেংহুনা — "করি হায়ে থাংগ্রাকপা,
মতিক করি লৈহুনা? ফম্ফম অসি ঐহাক্তি
ফম্ম্ হায়গ্রে নহাক্না। কনাগী কী'। -ম্নোনে?
করি ফম্ফম শিল্লিবা?" হাযবে। সনা য়াথংসিগা
লোইননা ইঙ্গিত ফংলে, থ-দৌ নিমাইপা কৌবা
নিপানা থাংগ্রাকপবু চিংথোকখরে; লৌথোকপ্রে
মফমসু, ইম্থোকখরে। সনা নাকোং তাদনা
ময়াম ফম্বা য়ায়কৈদা লেসিন্দুনা ময়ামদা
"লৌথোক্লসু মখৈনি। কনানা ফম্ অসিবু
হংগৎপগে য়েংসিদো হায়রসনু ঐঙোন্দা"
হায়না ঙাংই চাওবনা। থৌদো অসি উবদা
মোইরাং ফয়াই অপুম্বা কীদা মকা লায়দে;
মাগী মাগী কীদাসু মচি মচি খোমজিনৈ।
রাগী মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদরে কিনরে।।
হৈ 'ম চাবা য়াকুমদা, মোইরাং থোংলেন অথৌবা
হংগৎলক্লে মপুদা " কগে নিংথৌ ইনিংথৌ
মোইরাং-নিংথৌ পুরিক্লাই! ননাই ইচা খম্ববু
শামু খোংদা য়েৎ লাংগোই খোংদা পুনব কনানে?
মপু লেংথোকপিরম্মে, কেগে লৈপাক তিন্নম্মে।

মরম সিনি হায়বগি লংলা লংজিন করিনো ?
মরোন মরান খংদানা মীবু হাংকে তৌববু
পংম্না ময়ারবরা ? মীশক থিবা চুমইনা ॥ –
ইপু মন্ত্রি মীশক্তি খংঙে ! কনা কনানো ?—
নোংবানগা যুবরাজগা অনিননি হায়—ইপু ।—
হাঃ ফরেদ। ইনিংথৌ ! মুপী অঙাং মীচম্না
কমক য়েক্লরবদি খঙববু, যুবরাজ.
মনাও 'বুঙো ওইর'দি য়াম্ন ফরে। মাসিদা
ইনিংথৌগীসু অতুক, ননাই ঐ'সু ইচা-কা
সুম থোকই। মাসিবু নিংব-থৌব কৌবনি
মপু সনা চোরোম্না সুম্না তৌজো তাকপিবা
য়াজগনি ননাই 'খোই। লৈপাক পুব-অঙম্বা
মম্নামসিনা বিচারসি তৌহনবনা চুমগত্রা ?—
য়াম্ন চুমই ইপুবু হাকুমল্লি হায়না ঐসু
নিংজরম্মি। হান্দক্তি মাগী মরোন মখৈদা
মতাজংগে বিচার-সি," ইম্থোকপিসু ঐঙোন্দা
ইচা মীচা নাইদানা লৈপাক অঙম্বশিংনা
তৌবিসনু বিচারসি। অমত্তগী কা-নত্তে,
তাইবং হায়ব। ঐখোইসি মচুই-ময়েম্নি লাইগী।"
অসি হায়না নিংথৌনা লাম্থোরক্লে লৈপাক্তা ॥
লৈপাক 'ঙম্বা ময়াম্না—"চানবিবগী লৈপাক্তা
সনা যাংং তাকপিবা; ননাই ঐখোই খিবিক্তি
ফঙাং য়াওদ' য়াদগী য়াওবদনি' ইনিংথৌ
কেগে চৈরাপ অসিগী ননাই নোংথোন',— মন্ত্রিগা
তৌবিসনু অনিনা ঙসি বিচার অসিবু।
অনি সিনা তৌবদো য়াজে ননাই ঐখোই থাই ॥"
থুম্নৈ সুম্না অয়াম্বা। থুমদবসু ময়াঙই ॥

চিংখুবনা কিবনা মদোম্ কম্ব ঙমদরে।
চাওব খোংলেন অনিনা—"শা-ওইনরে ঐখোইগী,
লাল্-ওইনরে ইরাল্লি। লৈপাক্লা য়াবিরদি
মুংঙাইজরে ঐখোইস্তু। ইচা মীচা হায়বগী
খন্‌বিহৌসি সোমদস্তু।" হায়না লাওই ময়ামদো।
ময়ামহুনা—"অনিনা, ঐখোই খ্বাই অসিগীদি,
লোইশংগীস্তু মকোক্লি য়াদবস্তু ঙমজদে,
য়াস্তু য়াজনিংই 'খোই।" হংগৎলক্লে নিংখোদা।।
খোংলেন চাওব অনিদা পিখোরক্লে বিচারসি।
খোংলেনবনা হৌরকই—"মনাও 'বুংঙো যুবাজু। -
ইপু হায়সি! ননাই ইচাবু নয়াম্বুং 'বুংঙো,
সনা য়াথং, কখেন্দা লাংগোই য়াইসা পুখোকউ,
ব্রারকউ হায়বা কম্বা লৈম্বুং লাকপুংবনরা,
ইবুংঙোগী লম্নাইগী মুংঙাইতবা মরম্না?
শামু সিদি অচম্বা লম্নাই শাদি নম্ভেদো!! -
চুমই! ঐগী হায়ববু, য়াম্বুংগীনি করিনো,
ঐগীনিনা শামুসে, তখেন সারুং হনবনা
সবোৎ হাপ্রই পুখোকই। ননাই শারুংবা য়াওবোই?—
ঐনা পুখোকহনবনি! ঐগী কাদা খঙ্গনা
হৈকক তিংখংনদৌগুম লোইরং খোংনাং শাহুনা
য়াম্লে ব্রাথোক ব্রাফোংসি, তৌবনি হাংকে হায়না।—
ইবুংঙোদরা কনা—?—নোংবানগা ঐহাক্তনি,
নিপা নিফু মঙানে! সংগাইগী মীদি য়াওদে?—
য়াওদে। - অতৈ মীয়ামসি কদায়দগী মীতামো?
মোইরাং মচা ঙাক্তনি নোংবানগী মীনি ইপু।—
সুমদোসি হায়বা ব্রাসি ননাই নোংবান্না হান্না
হংগৎপরা অহুগা—ঐনা হান্না হৌবনি।

কৌখ লগা মঙোন্দা সুম্বা তৌসি হায়বসি
ঐনা তাকপ ঙাক্তনি। নিপা অনি থাহুনা
কৌখংহল্লি খম্ববু, তোঙ্বুং শামু তানগনি
হায়না অহিং 'থেংবদা। নিপা মরাম্বগা নোংবান
ঙাইরে য়ৈরে হুদগী কথেন তাম্না পুরকই।
হুদৈ শামু পুখোকই। লাংগোই খোংদা পুন্দুনা
চিংবনি 'ংকে হায়না। শিরে হায়না ঐহাক্তি
হুন্দোক্লম্লবনিদো মরাইবক লৈবৈ নচা
হিংখিবনি ইপুবু।" হায়না খুমখ্রে যুবরাজ।
"নোংবান কদায়—কারক্তে।—থিয়ু" হায়না চৈরাপ্তা
নোংবান থিব খংদরে। "তম্পাক য়ুমদা অমদি
মপু সনা সংগাইদা লোইশং খম্‌শং কদায়দা
থিগদবা মঙাইরে। সনা সংগাই য়োমজদি
হংগৎতবা যাদেদো। তমপাক য়ুমদি হংগৎলোই।"
সুম্বা হায়না খম্নরে। মপু সনা চোরোন্দা—
"ননাই নোংবান অসিবু সনা সংগাই য়োমদবু
লৈরম্লগদরা তুক থিবা খোংৎপা অসিবু।"
অস্রম হায়না খোংলেম্না হংগ-খরে নিংখোদা।
"চংলু ইপু যেংহল্লু লোইশং খুদিংস্থ য়েংউ
অফংবা মফমহুদৈ য়ারে ফনা পুরকউ
য়াত্রে নমহুনা" হায়না সনা য়াথং তাকপিরে।
নিপা তরুক চংখরে লোইশং খুদিং থিরকই।
মনাও ইবেম্মশিংগী কা ফাওবা চংনা থিরে।
নিংথৌ আলোয় মরাম্না "নোংবান বুদি ঐখোইদি
কৈদোননি, হৌজিক ফাও হাংত্রিবরা।" হায়রকই।
হংগংলুরে ফংদরে। তমপাক য়ুমদা য়েংলকই।
সংবী সংনাও খুদিংদা থিরে সংগাই চংলক্লে।

যুবরাজ তালোয়-ওমজিংশল থোইবী প্যোকপী মমাগি
এংখুরাংবী কৌখিনা—"করি হায়না ঐখোইদি
থম্মু গনি মাবুদি কৌব ফাওব কৌনদে।"
হুঙুম খা কৈঙুম সিম্না ইবেম্মশিংনা মাবু
হায়রকই। তুম্নু তমগ্রে। নোংবান থিব থংখিদ্রে।
অঙোম মযুমদা য়েংসি হায়রকপা মতমদা
চাওব সনা চোরোন্দা—"হান্দক অঙোম কোন্নুংদা
নোংবান থিব চৎপসি চৈরাপকী মী থাররোই।
ননাই থোংলেন চাওবগী মীদবু থাজরগে।"
হংগৎখরে। নিংথৌনা—"করি অমুক হায়ররি
স্নুম্ন তৌগে হায়বদো তৌবো হায়গ্রে ঐহাক্তি।"
হায়খিরক্লে মপুনা। থোংলেনবনা মনাই'তু
নিপা য়াংখৈ কৌথোক্লে—নহোয় নিপা য়াংখৈগী
কুম হান্ন-চংতুনা অঙোম কোন্নুংদা থি ।
কুম্থ্রা 'তুনা কোম্থহৌ, নায়েতুনা লৈবগা
লৈরে হায়বা শোইদ্রগা চংউ কুম্থ্রা নহোয়স্ন।
কুম্থ্রা নহোয় অসিনা লাল্-হুই মরিসি লোয়নৌ।
থাংপোক অমা ফাওবা থাকনুদো, য়েংগনি।
থনম্বা ইমুং অতু মাগা লোইন' ফারকউ।
খুংলাই পায়খিন্নু নিংথৌ ফম্মে খোগল্লোন কায়নি।
চৈরাপ য়োৎরগা কোন্ন অচুম্ অরান থিগনি।।"
হায়য়ে থোংলেন চাওবনা, নিপা য়াংখৈ থারক্রে।।
অঙোম কোন্নুং হংবদা লৈত্রে। খুরাই লৈমনা
করিগীনো হংলকই। নিপা কুন্ অতুনা হায়—
"খুরাই লৈম-মংগৌরী—য়োইবু-থোংনাং-খোইগুম্বী—
থোংনাং-অসি-খোইগুম্বী ননাই ঐখোই' লাকপদি
কেগে চৈরাপ য়াথংনা নজাইবুংঙো নোংবানবু

ফারু হায়বা অহুগী হংগুবনি সংগাইদা।
ঙরাং ইমুং থেংবদা খুমল লমজা খম্ববু
কৌথোকুনা যুব্রাজ-নজাইবুংগো অনিগা,
নিপা নিকু মগাগা চংগুহুনা য়ৈরগা,
চুম্ব য়ৈব্রে হুদগী নিংথৌ শামু য়াইশ-হু
পুথোকুনা কথেন্দা লাংগোই থোংদা পুল্লগা.
সোম্ম কারন্ চিংলম্মে। হাৎকে হায়না তৌবদা
ইমুং ঙাক্ফুং লাকপদা মজাইবেম্মা থোইবীনা
তারকতুনা তানখাই হায়ৈ। হৌজিক পুখৎতনদি
লৈহৌরি লমজা খম্বা—চৈরাপ নিংথৌ লেংথোক্লে।
সনা য়াথং কৌরুদি ননাই ঐথোই লাকপনি !!—
ওহোকপা ঙাক্তা তায়দা! হাই হাই। ধর্ম্ম লৈতবা।
ইচানি নুংশিখ্রবোই—ফংবা মফমদা হাৎলু
লৈপাক নথোই চংহুনা।। ইয়াই-বুংঙোব অহুম্
তৌই হায়ো অচৎ-চা। ঐ' পোকপ ইচানবু
অম্বক্ক কত্তে হায়াইয়ো। ফনা নিংথিনা ঐদি
পোকপরা হায়ববুকো। তোল্লিদা পাপী নংদে।।"
হায়না খুরাই লৈমদো মিৎতা পি-তাব মথৌ
শাওই। ময়াম অদুনা ফজে হায়ন থাগৎনৈ।।
ওহোকপনি হৌনবোই মীওইবগী ধর্ম্মবু
ঈশ্বরনা শেম্বদা থোজান হৈবা হায়বদি,
মাগী হায়বা খন্দানা অচুম্বদা চৎপবু.
ঐগী হায়বা নাইদানা মীগী দমক খনববু
অথোইব ধর্ম্ম ওইবোই। মীগী ঙাক্তা য়েংবনা
মাগী মক্তা মওইরৈ। খম্বগা ঐ অসে
মীগী হায়বা অহুনি। মীগী হায়বা অহুদি
ঐ অসি ওইরবোইরে। শরাং হায়বা জাৎতুনা

শাৎলক্লবা মতমদা মনম অহু তারগ
পেম্মৈ, মুংশি মহায়নৈ মীওইবদি ঐখোইনা।
লাইশিংনা শেন্বদা খোইগী জাংনা লৈশিংগী
লৈহি অহু থক্লেদো—খুরাই লৈম কৌবিনা
মীয়াম চুদা হায়রকপা পেন্নখরে ময়ামদো।
নোংবান ফংবা মফমদা লোইগেনিংবা খুপ্পুদো
মগ্ন ওইবা রাহৈদি মমাই মবা তাবদা,
নোংবান ফাগদববু চুম্ন থেম্ম' পুসিন্না
মুন্নখনবা য়ৌনরে। নোংবান মাবু মমানা
থিরুহুনা কান্নগা কেগে চৈয়াপ অহুদা
খুরাই লৈম মা-মক্না পুখৎলম্বা থোক্লবা—
লৈহি চুপ্পা খোইগুম্না ময়াম অহু থোকনি।।
"সিদা লৈতে পাপীদো থিরু ফাওকো শোইফদে,
মতিক চানা লাকনৌকো।" খুরাই লৈম নোৎলকই।
থিগদোবা ফাওববু হংগোইখরে ময়ামদো।
নিপা কুন্না কুম্ভ্রাদা "মপাগীদা লৈত্তরে।"
হায়বা পাওহু পিগ্রে। কুম্ভ্রা অহু চংহুনা
নোংবান মযুম কোয়খরে। নোংবান মাগী মযুমদি
মপা অঙোম নিংথৌদই য়ুমলোন্ মরি মঙানি,
থমৈ; য়াওস্থ খুন্দোন্দা তোপ্প লৈব নোংবান্নি।।
মোইরাং য়াওস্থ লৈকাইবু অঙোম লৈকাইস্থ কৌনৈ।
নিপা কুম্ভ্রা য়েন্নরে। থোং মনিং মমাং চুদা
লৈগ্রে। হুই মরি হুনে। মমাং খোংদা মুবনা,
মনিং লোমদা লুচিংই—করাং তাব কৌবনা।
নোংবান মাদি খোংগাংদা—তালোয়শিংনা সেবা তৌ,
ভুঞ্জিন, চাওনা লৈরম্মি। নোংবান তালোয় তোপ্পীনা

খোংঝোম সেন-হু পায়হুনা খোংজুম হৈদোকচগেদি
খোকচরকপা মক্তদা মরি মরি চংলকপা,
করাং তাবৈ শকফমদো উরুবদা খংখরে।
করাং তাবা হায়বসি—মখোং শাংই, ময়াংলেন
তেল্লি, মঙকস্থু তেল্লি মবুক পাকই, নাকন্দা
পেথোকই, মখুৎ শাংই, মচু মুই, মকোক পিক্কই,
সেগ্রাক চেংই পাক্তানৈ হঙোই পোরোবী মাল্লি।
রাংবদি শাইজিন খেৎলি॥ খোংহামসেন্দু হন্দোকপ্রে,
চেন্সিল্লক্লে তোম্বীদো। কিরে হায়বা খংহুনা
করাং তাব অমুক্তা কাম্‌সিল্লুরে "খি" লাওনা।
মচেমশিংনা কল্লিনো হায়না খংমিন্নখরে।
নোংবান মাস্থ হৌগৎলে। "কৈনো তোম্বী কদৌরে?—
লোয়ুম নোংবান লৈতরে। কৈনো লৈত্রে হায়বদে?—
লোয়ুম ফাবা লাকএনে, মনিং থোংদা কোয়খরে।"
হায়রবদা নোংবান্না—"ফরে হুদি য়েংঙগে,
ঙস্মে চেনগে ঙমত্রগা ফাগ্রসনু কৈদৌনি।—
ফরে খরাই হিংনবা চেনবিখরো।" হায়নরে॥
অঙোম নিংথৌ মচাদি খূরাই লৈম লম্ ওকু-হৈ
পাংগন ফব নোংবান্না ফুদোকখরে—থোংলোমদা,
মমাং থোংদা পুরিবা মুবা চোংসিনখিহুনা
'হেনগ্রবদি মাংলেদো' হায়না নোংবান মখাংদা
খুজেং চম ফাবদা মুবা লংখাইরমহুনা,
চেনগ্রে নোংবান। ময়ামদো—ফাহৌ লাকহৌ নংহৌত্রে।
নিপা কুমা চংলকপ খরাই থোংজিল লাক্লিলে।
খিংঙে মাহু য়াদরে। নোংবান মমায় লৈহনা,
শন্দোং পাংনা চেপ্লগে চেকপন চোংগে তম্‌মকই।
মুব করাং তাবস্থু চেন্‌সিন্‌বদা নংখিত্রে।

থোংলেন হুইজাও মরিদো নোংবান মাগী মতুংদা
কল্লাক খুবোম বাই রায়ন তান্নরকই পাবগুম্।
নোংবান হেনগে হায়দুনা চোংখংলকপা লৈপন্দা,
হুইজাও মরি অদুনা নোংবান খুবোম, কৈগন্দা,
চরৈ মাগা কোম্নরা লাকএ নোংবান কোংয়ানবা।
লাকপগা হাইবগনা নোংবান লোংনা তাররে।
মীয়াম ক্লুজিল্লকুনা য়ারৌ লানশা কাবগুম
কারে। হুইজাও মরিদো থাদ্রে নোংবান লাকপদো।
মুব, হুইহু চিংথোকই শতুম শতুম লৌথোক্লে।
নিপা য়াংখৈ অদুনা মযুম তান্ন পুশিল্লে।
নোংবান তালোয় মখেদো মুংশাথিব কিবনা
নিকই, উপথু উপথু” তুই। মপুরোইব উবদা
থবাক সেগাই লৈ-ঙমদে। মুপী পাংগন ওইবগী
চোংথোকপদি ঙমখিদা তেল্লাং খুৎসু পায়দুনা
থংলেন মতেং পাংসিরা সিরসিরা খনববু
পুক্লিং লেপ্প নংহোদে। মুব মানা—“ইচন্‌শা।
সেলুংবগী শেংনবা নিংথিজবা চরৈদো,
পুথোরকউ হোংহল্ল”,—তাকপিরকই। চরৈহু
সনা লুপা থাম্ব ঙাক পুথোরকই পিজরে।
নোংবান্না শেংলোই হায়রে। মুবনা—“শেংলু—শেংলোই।—
মী হাংপা ঙমইবনি অঙোম নিংথৌ মচানি
চাওরিবনি শেংলুনা।—সেংলোই করি শেংলুনি,
বন্দিনবু করিগী ফিরোই হোংউগদগে॥”
হায়রে নোংবান হোংদরে। খুল্লহু মতা ’খনি।
মাংদা মখুৎ পুনখিরে রাজাও মতুপ অমনা
লম্‌নি রোম্‌শাংনা হুইগং বাপ্লে চিংলে মুবনা,

পুখৎলক্লে নোংবান্দো। খংজিং চিংই, হেক তুই, "হাই।
করি লেপই।" হেক হায়রি। চোংসিন্দুনা কাওরকই।
হেক চৎলি—"লম্‌হেন্নিনা।" হেক হায়রি ময়ামচুনা,
চৎলে চৎন ফুরকই লেপ্লে লেপ্ন ফুরকই।
ময়াম চুনা কাওবগা থিনবগনা নোংবান্দো
মশা অচু কামথৎলে। লমজা খম্ব মাবুদি
খর হেন্ন থিংখরে। নোংবান তালোই অচুমনি।
রাম্বহৌরে থোংজিন্দা। অঙোম খুল্লক অচুদি
ইমা ইমা হায়নখি। ফোংনা য়েংসি কদায়নো
নোংবান মাগী মরিনা। য়েংদসিদি য়েংলিংই।
মনিং থোংস্থ মমাংথোং—খরাই থোংজিন কাংথোক্লে,
মশামখে মনুংদা, লিৎথোক্লুনা য়েংহৌই।
খুমন মাবু য়ৈবদি চুরান্দুনা য়ৈবনি।
নোংবান মাবু ফুবদি ইফোং ফোংনা সুংথিন্দা,
মীশা চাবা লংজানা মীশা শেৎপা পাংখক্ ওই।
মোইরাং খারি লমজাওদা নিপা য়াংখৈ অচুনা
য়ৈন-য়ৈন পূরকই. খুংলে কেগে চৈরাওবা।
পেল্লি হায়বা য়াওহৌই—'খম্ব মাবু য়ৈবদি
উরুদেকো ঐখোয়না য়ৈবগিদি য়ৈরিনি।
চাওব থোংলেন মনাইনা নোংবান য়ৈখিবসিদি
হাকমনখরে" হায়বস্থ য়েংওমদবা কনানা
য়াওই হায়নহৌবস্থ। য়ৈরক্লেদা নোংবান্দো।।
মীওইবগী হৌনবা অরাবরু উরগা
অরানবস্থ চুমমকুই অচুম্বস্থ লাল্লকই।।
কেগে চৈরাপ তিনবদা 'মুনব ময়োং থাবগুম
মপু্ সনা মাংহুদা নোংবান মাবু পুসিল্লে।।

হাইগং থাদোকখউ মচিন হংসি হায়রে থাদোক্লে।
থোংলেম্মা—"মনাও 'যুৱাঙো !—ইপু মন্ত্রিবু য়ামসি !—
যুৱাঙাইরনিদা—সে ?—কময়দি তৌনি ইপুবু,
তৌরবব থবক্তি চেনব য়াররবদো।"
যুম্মা খুময় যুৱরাজ॥ মোইরাং নিংথৌনা—"নোংবান !—
অজ্ঞা !—নংনা ঐহাকপু করি ওইনা উবগে ?—
ইনিংথৌনি !—অদুদি, ঐবুনা উশিংলবা
যুবরাজবু থন্‌বা, অঙাং ওনগনিদো নং !—
তৌদৌরি ঐবু কাওবা॥" যুম্মা শাওরে নোংবান্দা।
শাওবা চুময় হায়না ঙাংনৈ মোইরাং চৈরাপ-তো।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্মা—"য়ৈব-য়াওব কনানো
নোংবান ! থারো।" হায়বদা—থারে লোইনা নোংবাম্মা।
হোংব-চাওবা হায়দুনা থারে নিফু মঙাহু।
য়াওসুদগী সেন্দ্রা কাও তুদই মী ঙাক ওইরম্মে।
নিপা কুন্দ্রা অঙোম্মি নিফু মঙাই মসুংদা।
চাওব মুম্মা তারগা—"মনাওবুংঙো !—ইপুবু !—
হান্দক তৌবা অসিদি,—অঙোম শাগে চাওবনি,
মী য়ামই, নোংবান পাঙ্গল কনবা মানা চিংহুনা
ময়াম থোম্মগা হোগে, পাব-য়ানি উহুনা
অহান্‌বদা অকন্‌বা থম্বা ইমাক হাংতোকে।
থোংলেন চাওবা অসুম্মা কৈরোইজাম্বসু লোইগে !
লোম্বরাম্বা মোইরাং লোগে নিংথৌ মফম মুনগেদি
লাংব নক্রা যুব্রাজ ?" যুব্রাজ খুমদে ; মবুক্তা—
"নক্তে তৌব থবক্তা নমসিন্দুনা তাকলে।"
হায়না থক্লিডেদুদা। মোইরাং নিংথৌ লাওরকই—
"চুময় ইপু—ইনাওদি কজে পেল্লি 'য়াম্বনা।

কৈদৌগে, খম্ব-নোংবান নপু খোইবু য়োক্লুনা,
মপান্না, 'য়াম্বনা শিরগা, ঙাইঙম্-ত্রবোই
ইনাওদে !" হায়, খুমখিত্রে, যুবরাজ খাংঙমত্রে।
কাঞং খৌরী 'মোনবনা লাংগোই মাবু পুনবগুম্
লেংখা য়াদে চিংখুবা তাংজ লৈদা লুকথরে ॥
উনৌনা উরি পুন্নি অসিগুম্বা উনৌদি
সুগ্না তাউনা চাব-য়াই। উরি মানা ওইবদি
সুমম্ব তাউস্ব চাদেদো, সিনা মাংদে তাদেদো ॥
উদা তাংবা উতাংবী উতাংবীনা তৌবগুম—
মোইরাং চৈরাপ কম্বিবা অয়াম্বনা—"চুমইনা!
হান্দক থবক অসিদি, চিংখুবগা নোংবানগা
নিংথৌ মকম শিনগেদি তৌরম্বদি ওইবতাই।"
ঙাংনৈ নাপ্ল চিক্লুনা – অওল-অওল চারকই ॥
চাওব থোংলেন অনিগী মীগা, কেগে চৈরাপকী—
কাংবু মী 'খল অনিনা হাইথখরে খুল্লক্তা।
শম্ম খেৎন খিবদা কারে নিফু মঙা-হু
ঙরাং সুমদাং য়াওরুরা। মঙক হুইগঙ থাংহুনা
পুখংলক্লে চৈরাপ্তা। ঙরাং মখৈ চুম্নগী
তানবনি পাও অসি। নিফু মঙা অসিগী
ইমুং মসুং ওইবস্ত কৈরোই লৈকাই লোইননি ;
নোংবান চিংখু অনিবু শাওনরম্মি কাংবুদো।
লমজা মরা তাবদা মঙগুম হাগুম তৌরমই ॥
মহোয় মহোয় মকাদা থুনা মঙ কাওনররে।
মচাং মপুরোইববু হুন্দোকসিন্ন কদায়নো ?
লমজা মানা রাংতেদো, মাগী মাগী মক্লস্ব
লেপ্ল ঙমদে হেন্দেদো। "করম য়াওক্লরিবনো !"

চৈরুই ঙাংউই খরদং—মতুং তাবা অহুদা
চৈনখরে মোইরাংনা চিংখু-নোংবান অনিবু ॥
নিঙ্কু মঙা অহুবু তুংবুন পৈরেনহুনা
পুখংলকপা অহুদা মোইরাং খারি লমজাউ-দো
উরে মতা 'ম-ওইনা ; কেগে মরাঙ্ হোৎখরে ॥
উক্রোং অমই হাক্কনা উমং তুম্বগুম
ওক্কব 'মা পোকপদই লৈকাই মনিন নাইবগুম
শজি অমই হাক্কনা ময়াম-পাকপু চেন্থরে।
লৈকাই ওইদব 'মগী খাম্বী মৈহৌরল্লগা
ওক্ত শরুক ওইহুনা মদোম চাকউ য়াদবা ;
মতৌ অহুম্ মোইরাংদা—অঙোম য়ুমদা নোংবাম্নে,
নিংথেম য়ুমদা চিংখুবা পোকপদগী অনিসি,
লৈপাক রাথোক ওইরকই, চৈরাপ রানা নিনখরে ॥
অঙোম মপা মপুনে নিংথেম মমুম লোমগীসু,
কোয়ৌ নোংগাপ্রবু মালেম লৈদা চিংথরে।
চৈনখিব মক্তনা তাব-হৈব ঙম্রে ॥
নিপা নিঙ্কু মঙাবু থোংলেন চাওব অনিনা
হল্লক্লে তুম্-হনগুম্না "নহোয়দি কম্না য়াওরুই ?"
নিঙ্কু মঙা অহুনা—"ননাই ঐখোই ময়াম-সি
বাক্তোন ভৌই নোংবাম্না ; তরা হাওনা পিজরে।
চুম্নে পিজবিমাল্লে নিংজৈ ননাই ঐখোইদি।"—
"নহোয়বুদি নোংবাদ্দি করি থৌগী পিজনি।
নিংথৌ শেমসি হায়বরা ?"—"হায়দে মাহু ঐখোইদা।
খুমন অঙাং খম্বগা কেনা কেনি অমতং
তৌনৈ কোয়েন মুমদাংদা থেংনগনি মাসিদা
ইভাওগী মীনদি য়াম্, খুদোং চাত্র মতমদা
য়াওহৎখিয় হায় ঐখোইবু। চারুরবা কৌবমা

ঙমত্রে লৈথোকপস্থ— হান্না খংজরগদি
চাজরম্মোইদবনি।" হায়রে নিফু মঙাদো॥
নোংবান লোমদা চাওবনা "অতোন নোংবান কমদৌই?"
চুমই ইপন নোংথোনবু।" নোংবান অহুম খনস্নে,
মোইরাং চাওব থোংলেন মপু সনা চোরোন্দা—
"ইনিংথৌবু!—ইপুবু! হংবিরস্থ কৈদৌগে,
স্থন্না কনি হায়বত্থ তৌবিস্থ হায়না ঐদি,
হায়জখরে অসাইনা।" হাযবিরে মবুংঙোনা॥
থোংলেন মানা—"অহুদি, শিরবদি ইচানা,
লুখা খানগদৌনি, শিনি হায়স্থ খংদবি
হৌজিকমক্তি শিত্রিদো হাংকদনি, অসিবু—
নৈস্থু, নিপানি নিপান্না কাগুপ ফুগদৌবনি।
নিপা তন্না মঙানা মকোক মখোং নম্নগা॥
তুংশোক মাংশোক নাইগনু—ফু, চৈফু চপ-মান্ননা।
রাংপা হেন্ব—নাইরব। চৈবায়বদা হনগনি।"
হুকুম তৌরে, থোংলেম্না॥ চৈ চাদৌবা মীবুদি
চৈবায়বনা থোই' কিথ্রে, ঙসি মুখিং অসিদি॥
অহাংবা চৈরাপ মন্নাই পুংখোং মক্তা ময়ামদো
ফুরে কাঙ.জৈ-লী-তনা। ক্রং চোংই "তংকস্থ ফু.
খম্বগা চপ মান্ননা"—হায়। পোইস্থ কৌবোম্ ফুবগুম্
ময়াম অহু ফুখরে। ফুবা ফুবা লোইরগা
তানৈ উভুপ তাবগুম। লাক-লাক্কুনা লংলকই।
তিংদম তিংদম শিখরে। ফুকই শমদোং শমদোংস্থ
চৈথোল অহু তাবদা লৈরাংগুমই থাং-ঙমদে
কৈরোইজাম্বা সেলুংবা নংব মথৈ খামজখি,—
"তোকপিরসি, ইশেম্না তাঙমদরে চৈথোক্লে।"
হংগংচরে নিংথৌদা। কেগে চৈরাপ পুংখোংদো

গুলাপ লৈগী লৈখোংদা, মালংবনা মৈবদা
লৈরাং মনা চোইছনা তাবগুম্না মালেমদা
পুমণ্ডাং ঙাংঙে ঈদনা। সুংজেং য়াইম-রুদগী
লাইজ তম্না লৌরুরে, লৈপাক চংল ঈ অছু
ভৈথোথরে থুনমক। অকাইবনা কাইথরে,
কায়দবনা কায়দনা ঈ ফাওবা ভৈথোক্তরে
থম্মু হায়না লৌহনা মীয়াম য়েবা লীচৈ'হু
লৌশিন্দুনা থমথরে। মাং-ভুং থাইনা হায়রকই,
চাওব-থোংলেন অনিনা,—"নোংবান মাদি কম্দৌই ?—
সন্দোংদি মুরিবদা অঙাং ওলহল্লুরো" হায়।
লোয়বী মাগুম লুম্মবা 'ঙম্বা য়াথং ফংবদা,
লাম্মী তরা মঙানা নোংবান পুনি চোংথোকপ্রে।
কোয়ৌ মৈনা শারগা লাইক্ত থক্তা কাবগুম
চিংখুবদো হৌগংলে। মাগী থমোই ইপাক্তা,
কংলা ঙানবা সুমিংকী মৈচাক অছু থেংথরে।
চৈরাপ মাংদা চোংথোক্লে, চিংখু নহা লাওরকই—
"কেগে চৈরাপ তিন্‌ববু রা অমতা লাওজগে ?"—
"হায়সি হায়সি যুব্রাজ।" চাওব থোংলেন খুমজখি।
"কেগে প্রজা পুম্বসু, ইপু অনিবুসুনি ;
মাবু অঙাং ওলহনবা হায়বসিদি থ্বাইসিনা
ভৌহন্‌বিন্নু লৈপাক্লা! ওক্তবাইবু ঐহাক্লি।
নোংবান মাসু মশোক্লে, ওথাক খুমন মহাক্না
মায়বসু ময়ারে। মঙোন পিগদৌরিবা
দোষ অছু ঐঙোন্দা পিনবিয়ু লৈপাক্লা।"
হায়না য়ারে যুব্রাজ। মোইরাং নিংথৌ মপুনা—
"ইপু চাওবা, মন্ত্রিসু থনবিয়ু অনিমক্লা।"

হায়রল্লগা নিংথৌস্থ তাংজ নৈদা থাখরে।
নোংথোম্বনা—"ইনিংথৌ! স্থম্না তৌজৌ, হায়বন্থ,
সনা য়াথং তাকপিসি!—ঐদি কৈস্থ হায়জদে,
ফদোবদা ইপুনা তৌবিগনি খন্দুনা,
হায়জখরে ঐগীদি।" হায়না সনা য়াথং-স্থ
মরেপ লুব-ঈশিংগুম ইরৈ তপ্না তাকপিরে।
থোংলেন চাওব অনিনা—"মপু সনা য়াথংদি,
মালেম থক্তা তাকদে। নোংবান থারো।" হায়দুনা
থাদোকখরে নোংবান্দো। মমৈ লাংদা খুয়বা
চেক্লা ওইবা নোংবান্দো থরাই হিংলে থজগ্রে।
মপুই মনাই ওইবগী য়াইবী হিংবা তাখরে।
সনাই মহুৎ য়াইগুংনা সিনবা হায়ব অতুদি
থোক্লে গুসি কংলাদা—য়াইগুং মাগী মহুৎতা
সনা তাংগ-শিল্লক্লে থোংলেন-লালোই তানবনা—
"নোংবান মাদি মশানি মরু হায়বু যুব্রাজ;
নিংথৌ মচা ঐগীদি, অগুাং ওনবা হায়বদি,
গুবোং থাওনা তৌনবা, অতৈগীদি হৌনদে।
মতিক চাবা থাও'মদা কেগে সেন্দ্রা ইচিন্দা
থোক্লে লেংবা তারেদো।—পোৎশংবা সংলাংমৈবু,
নৈতবরা? অহনবা অকনবদি লাংজনগী
পুম্বিতুনবা এতুমগা।" হায়দোরক্লে।—হায় হায়!
ওস্থোকপনি যুব্রাজ! মপু সনা য়াথংনা
পিথোকখিব ওইবনে। হায়প্রগদা লোইনবা
মুমিৎ অতুই বিচারনি। থাংলেন খুৎতা পায়রুনা
চোংথোকসিদি কদায়নো! নিপা পাঙ্গন থেক্লুনা
শিখিসিস্থ সিফদা। মওন-মওন থনখরে।

"কেগে লৈপাক অসিগা থোংলেন মালা চিংথুনা
মায়কৈ অমা লেপ্লগা—ঐনা নাম্ম ওইথুনা
থেংনবদা হৌজিকমক পুংজা কয়া লেনগবা।
শিঙম নাঙমদমথৈ খাওদা শিদো শরুক্তি,
শিরসিবা কদায়দা। থোকপা অমা তৌরগে।"
হায়না খল্লে চিংখুবা—থাংলেন খুৎস্থু য়েংলক্লে।
চৈরাপ চোম্ন ফমইবা লৈপাক মীয়াম য়েংঙকই
ময়াম্থুংবু য়েংঙকই চাওব-থোংলেন য়েংঙকই ॥
"ঐগী কনা লৈবগে?" থিরকপদা ফংখিদ্রে,
চিশিল্লক্লবসিদা। চৈরাপ অহুক চাওবদো
ওইরে মৈগী কুণ্ডবু মৈনুংসিদা তারুরে ॥
লৈথো ক্লুনা য়াদ্রবা চেন্দুনস্থু হিংদ্রবা,
মায়কৈ থৈবা য়াদ্রবা হায়জহুনা চৎত্রবা,
শিংউবস্থু য়াদ্রবা শিংগদোবা লমনবু,
ঐনা কোনগে নিংদরে শিগাদবা লৈববু
[illegible]
[illegible] কপনা
[illegible] মুংপা থরান [illegible]চাকু-কুম,
[illegible] তরা [illegible]না
[illegible] থাওগী [illegible] [illegible]দোক্লে—
"সিগা সুম্মা হানগদ্রা করন তৌগে হায়বনো?"
[illegible] তরা মঙানা। রায়েম্নদি কাত্তি ওই
লেংবা য়া[illegible] চিংখুবা— ময়াম্নগা অমুক য়েং
চাওব-থোংলেন অনিদা চিংনা চিংনা য়েংঙকপা
চিংখুবগী [illegible] মতমদো।
পোক[illegible] [illegible] ওই, [illegible]রে নিংথৌদো
[illegible] লৈপাক থক্লগী

হৌরকইবা লাইজদো লৈপাক মায়রোং পুরুবা
মাললংবনা থৈদোকখি মালেম থক্তা তারমদে।
চাওব থোংলেন অনিদা য়েংই মোইরাং নিংথৌনা।
'ঙম্বা অনি রাখরে মপু মায়থোং উবদা,
মমার পুবা ঙমখিদ্রে, কেগে চৈরাপ তিনবনা
রানখরে লোইনবা, মুংশা কম হোম্নদ্রে।
মিৎক মিৎক য়েংনখি, নোংয়াই ইচিক হুনখরে।
কোরৌ মখোং ফুল্লবা পামেন উক্তাও পাম্বিনা
মরাই চাইবা তুবদি যেংঙমদেদো অদুম্না—
মনাও 'বুংঙো উবদা রানখরে ঙসিদি।।
চাওব-থোংলেন কিবনা নিপা তরা মঙাদি
থিল্লি হায়নি হাযবগি—খাঙগী মচিল ওল্লিলে,
"মনাও 'বুংঙো লেংখৎলো।" হায়জিল্লক্লে মতমদো।।
রলি যুম্বি মখোংদা পুল্লবম্ভ শাগিদি
রারম খংনা লেপ্লেদো শাগী বুদ্ধি ওইবগী।
শিনি হায়বা উদবৈ, রাব মতম শাংদেদো।
শাগী মঙক অদুদা থাংনা তাররবদা
মঙক হকচাং অনিনা তারবদা তোংঙাম্না,
থল্লাই মানা চৎলমদায় রারিগনি ঙাহাক্তং।
মতম অদু শাংখরে রাখরেদা চিংখুবা।
তালোয় সংগাই থল্লিবী অদুদগী হৌহুনা
মমোম মজা ইবেম্মা মাগী পুম্বা খল্লকই।
মতম সিদা ময়াম্বুং নিংথৌ ফমফম লাংদগী
মালেম লৈদা চোংথক্লে। কেগে চোম্ন কম্বদা
সনা স্নাথং লাওরক্লে—"চাওব থোংলেন অথৌবা।
কৈরোইজাম্বা খম্বম্ভ। কেগে প্রজা অঙম্বা।

হায়রগে ঐ র 'মতা।" হায়রকপদা নিংথৌনা।
চৈরাপ থন্‌বা অঙম্বা মাগী মাগী কমকম-দৈ
চোংথনরে ময়ামহ্ মপু সনা য়াথংদো
য়ানৈ কীগাও শাহ্না। "তাকপিগনি ইনিংথৌ!
লৈপাক থকতা লেংথবা মতিক চাদে কনাগী,
কমকম লাংদৈ য়াথংহ্ তাকপিরম্হ্ হাকমন্নি।"
লাওই ফৈরোইজাম্বনা। থোংলেন কাওবা এজাম্হ্
ফৈরোইজাম'বু থাগৎনৈ "ফজে থৌগল-লোল্লবু।"
নিংথৌনা—"ইমায় থোম্লাং মমৈ থকপা ওক্তবা!
মা, পোকমিন্নশিল্লুরে। মতিক চাবা হায়রদি,
য়েংবিমন্নে লৈপাক্লা। মন্নি লৈতবা লৈপাক,
যুবরাজ লৈতবা, সিংহ্ লাইরে—হয়েংদা,
মনাওমকপু হাৎপরা—হায়নরব্রা ঐহাকপু।
মতিক চাবা দতিহ্ থিবিরগা অমদা;
করি লৈবা লৈপাক্তা? খুমন মচা অঙাংবু
লৈপাক চংনা য়েংহ্না থোয়ুম মাগী নোংদমনা
শোইদ-ঙামদ-ওইসন্হ্। লৈব-থিবিক অসিঘু—
ইপু নোংথোন চাওবনে ইপু মন্নি অথৌবা!
করি থন্নি লৈপাক্লা?" সনা য়াথং তৌরকই।
চাওব থোংলেন অনিনা—"মপু সনা য়াথংবু
তাকত্রা মালেম-লৈদা।" খুমই সোমদা অহুম্না।
"কন কৈনা" সিমন্হ্ অয়াম্বনা থম্মরি॥
মরক সিদা খম্বনা—মবাই ফৈরোইজাম্বদা—
"ইবাই 'বুংঙো করিনো?" হংই বাকম পুবহ্।
বারম থিবিক মসেন্দা সিনি হুনি ভম্বকই।
খুমন মচা খম্বনা—"হংগৎপিরু ইবাইনা

মপু সনা চোরোন্দা কেগে ওয়া ভিনবদা,
মনাও 'বুংঙো থবাইবু লমজা খম্বা নসেম্না,
নিজয়কই হায়রূনা।" মেঙরকই মতমরু।
কৈরোইজাম্বা থোকথরে—তম্মূই মপু চোরোন্দা
লাওরে লৈপাক মাংহন্দা—"খুমন ননাই লমজাবু
য়াইবী মকুম্ন মাংদরি। জীব অমা মাংদনা
জীব অমা মাংহনবা ভৌবিগম্নু নিরকই।
হংগৎচরি ইসেম্না।" হায়রবা খুমন মপাওদো॥
মালং ইচিক তম্নবা অচিকপদি লোকম্নায়দা,
ভায়া নায়ে থোমন্নু ভায় ভায় থোংলবা,
মালং লিরি হুম্বনা লেং-লেং চংপা উনানে,
মালেম পুম্বা সংলবা কোয়ৌ মণ্ডান শেংবদা,
অমুবদি নোংদোন্দা পামেল বাংনা থোইনহৌ,
'শংবা উনা মরক্তা সনা মচু মান্নবা
লৈহাও শিংনা শাৎপদি—বোন্দা কোয়বা শাশিংনা
লৈরাং মাবু উজরুই, মানা হেম্না মফজে।
লৈরাং মাবু হেক্লগা সনায় সেম্পাক থক্তা হাপ,
মনিমুক্তা থাম্নবা নিংথৌশিংগী সংগাইমুং,
সনাই ভাংবন-থক্তুদা মপু মানা কম্বদা
সনাই থক্তা তমফা খিন—লৈরাং ভারুবহুদি,
কজবগে কয়ামুক উ ভারুদে মহাক্তি।
লাইরবগী থাংপোক-শং সনাই থম্বান শাৎপদি,
লাইরবনা উবদি শাৎলিঙৈদা উবনি;
মপু সনা সংগাইদা লৈরাং মানা ওংগ্রগা,
উদে লেম্জখিবদো। উরুদবা হায়ঙমদে,
থোকউনবা পম্নদে—তিম্নরুবা সংগবু
পকুই চিন্দা ইবুক্তা। ইপুক নিংনা নিংববু

পন্জনিংই, হৌনৈদো। হৈরাং মবুক অমুন্বা
মবুক মুংগী মহাওবু মালং মানা য়েনবগুম,
মীগী শীগী পুক্লিংবু মানা মানা পুথোকই।
ভাওজিং মথল মথন্নি অফ-ফত্ত পুম্ববু,
মীনা মুম্ম খন্দোক্লে। ওসি মোইরাং চৈরাওবা,
কালেন মৈনা চাকপদি—লাইজ ইরোইনরবা
চন্দোন ওইবা মপুগী সনা য়াথং অদুনে,
ভিংথৌ মপোপ ওইরবা নোংয়াই মপাও অদুনে,
মবাই কৈরোইজাম্বনা শেলুং' শুংনা পায়দুনা,
চৈরাপ মুংদা ফম্মিবা মীয়াম ওন্নাং চানবদো
চন্দোন লাইজ খিল্লক্লে লোইন পুমইং ইংখরে।
খম্ব মাবু নিংথৌনা 'মুনবা ভাওজিং চুম্নগুম
পেল্লে, মুংশিখরেদা। চৈরাপ ফুনবা পুম্বদু
উনগুম্নদি ইংখরে। লমজা মাবু শোম্নখি।
চিংখুবদো হরাওরে শিরুবদই হল্লক্লে।
চাওব থোংলেন অনিনা "মপু য়াথং কাইফদে।"
হায়বদুদা-পোশংবো সংলাংমৈদু হজিনখ্রে।
মচা কাদা শোকপগী মমাক কাদা ওইবগী,
নিংত্রে পুমতোক তোক্কেদি—চাওবা থোংলেন নিংথৌরেঁ
অহুম চিক্লে নাকোংদো। থাংমৈ অহুম থানমগুম
য়াথল তোব লোইখরে—কংলা সংবা কোৎক্লে;
মপু সনা য়াথংদো—"কৈস্নুম সংবু হাংদোকউ।
পুমতোক তোকপদি য়াদে, খম্ব কৈস্নুম সংদুদা
মতমদি—ফত্রি ফাওবা খম্বনা, খমগদনি।
চাক থম্ন পিজফদে। খম্বা-শিরে মহাক্ন
শিরসনু অহুম্না।" (হুকুম তোরে নিংথৌনা।।
অতোংবু তেমথোকই অকুৎপদা হাপ্পনা

লোইরে মনাও' বিচারদো। সারুং হুনবা কৌথোক্লে।
মপু সনা য়াথংনা—"সারুংহনবা!—ইনিংথৌ!
নিংথৌ ঐগী শামুনি, লাংগোই য়াইস-নিদকো—
অশেংবনি লাইনিংথৌ!—মাহু নংদি খংদরা?—
নানই ঐহাক্সু খংজে!—খংলবদি করিগী,
ইমুং মতম চাদনা পুথোকউরি নহাক্তে?—
ননাই ঐবু অহানবা শামু পুথোকউ হায়রিবি,
ননাও'বুংগো য়াথংনা, য়াদরে। অহূদগী,
'যুব্রাজনি খংদরা—থাংনা য়ানগে' খাংগৎলি।
'য়ানগে য়াম্লু পুথোকওই'—হায়না ঐনা য়াজদে॥
থাং হজিনখ্রে। 'কুম-ফত্তে 'তুগী ওসি 'থেংবদা;
লাংগোই সিগী মখোংদা পুল্লগা জীব অম্মা,
ইরাংকনি কথেন্দা। লৈপাক তাব য়াদেদো।
ঐস্থ হজিত্তা খংই—মপু সনা য়াথংনি।
মপুই য়াইফনবা লৈপাক মরা তপ্পবা
তৌগদৌবা থবক্নি' সুম্না তাকপি ননাই 'বু॥
কুমসি হায়বা অসিনা পাঞ্জিশিংনা হায়রিবা,
খল্লুবগা ননাইনা ঐগী সুম্না থোকউদি
মতম্নগা ওইরবোই, পুথোকউরে শামুসি।
থোরি কথেন য়ৌবদা, ইমুং অথেংবতুদা
থেংনরুরে খম্ববু—কোয়ৌ বাংনা হৌরবা,
মপান থুংনা শাৎলবা শিঙেন পাংগোং পাম্বীমা,
মপান মরা লোইননা তুবগুম্না লৈমায়দা,
নিপা নিফু মঙানে অঙোম নোংবান কৌবনে,
ময়াম সিনা য়ৈবনা ঙনা পুমঙাং ঙাংঙমমে,
পামেলগুম্না তারম্মে। হজিন্নগে খনবদা
লমজা মাবু হুন্দোকে নিংউদরে—'ইতুংদা

য়াইবী মাংখরদয়া ! স্থম্না খম্না ঐহাক্ন,—
সাক্লংবনা য়ায়মচু ভৌনয়কপা অপুম্বা
চিংথদনা অমতা তম্মে চৈরাপ মমাংদা ॥
কেগে চৈরাপ চোনগ্রবা 'ওম্বা, প্রজা, চাওখ-কাও,
নিংথৌ মরু, য়ানিংঙে—"খম্বই থবাই কনবদি
ওইরবোইরেকো নংনা।" মুংশিখিরে নিংলরে ॥
থোংলেনবদি য়াখিগ্রে,—শাক্লংববু য়েংহুনা—
"ভথেন শারুং হক্সবা !—ইঙেঙা মন্ত্রি তাকপিসি !—
নিংথৌ হংগৎপসিবু, ওমদবা মীয়া নংবো ?—
চুমই মন্ত্রি ! মসিদা, মতমনগা থেংবনে,
স্থম্না থোকউ হায়বনা ঐনা বাসি ওকউরে।"
স্থম্না থুমই সাক্লংবা ॥ থোংলেন ময়না "কৈদগী
থবাই পাম্মুবদগী পুথোকপনি শেমহুনা।
বাসি লৌগ্রে, মন্ত্রিনা—"নিপা নিফু মঙানে,
যুব্রাজ নোংবান অনি সিগী মছৎ শিন্দুনা
পুগ্রো থিল্লে হৌজিকমক সন্দোং মুয়িব-তাম্না
চৎলো অঙাং ওহল্লু।" হায়না য়াথং তৌয়ক্লে ॥
মালংবনা য়েবদা পামেন মানা তুরগা,
পামেন মাদা তুদনা মথোংদগী লৈকন্দো,
লংথোকইদো থুগাইদো। নোংয়াই পামেন ওইবলো
পামেন মদোম তুদয়ে—চিংখু মদোম শোক্তরে।
পুন্সি মুমিং তারমদায় মঙান চাইরক্লববু,
তারোইদৌরে তশেংনা। অমুবদি নোং-হুনা,
থুমগ্রে মঙান মকথয়ে কৌয়ো মাবু তাগ্রিঙৈ ;
সাক্লংহন্‌বা অহন্দো—মোইরাং সন্দোং মুয়িব,
পুগ্রে তাম্না লাম্মীনা, লোইসিল্লুয়ো হায়হুনা ॥
লাম্মী শিংনা তুংদংথা তুংবুন পরৈনহুনা

অদন ওইব শারুংবা কপ্প কপ্প চংলকই।—
"খুমন ইবুংঙো নংদি, খংত্রবোইদো মরমদো।
তাত্রবোইকো লমজাও। শিব কিব নত্তেদো,
নোংয়াই নংগী কাহুদা ঐনা মক্ল শিবদি
শিনিংদবা ঐহাক্তি। নংগী মিচং চংবগী
দক্তি তারে হায়বেদি মুংঙাইদনি ঐহাক্কা।
লাইরৈপাক্তা চুপ্প'সু মীরম্লেন্দা মকুহৌরে॥
পুরেম্বনা পোক্লম্মে, মোইরাং খোরি কথেন্দা,
য়াইবী মাংব-তারম্মে, ঐনা নংবু কঞ্জরে,
ঐনা অমুক পোকচরে; শারুংবনি নপাগী,
'য়াম্বা-ননাও লৈজদে অমুক নংবু ঐহাক্কা
অপোকপনি ইচানি, ঐগী ধারা পান্দবা,
পাল্লে নংবু ফংজরে শুম্না হয়াওজববু।
খুমন নংগী নপান্দি চারোইদৌরে ইপাদি।
কেগে চৈয়া। অহুদা উতুপ শিংজা তাবগুম
লৈহৌরবোই নহাক্তি। খুমন নংনা নপাবু—
'পম্বৌ নংদি চংলোকো য়াখিদরে—অহুগা,
ইপায়-নথৌ অদুনা লমজা তৌজরক্কেকো।"
হায়বা য়াহৈ অমতং—তারগদি শিরবা,
মুংঙাইথৌনি ইপাবু। নোংগাপ্রবা নপান্দি
পুরেন-ঙাম্বরৈমগী কাদা করি তম্মুনি?
নপাও তাত্রে ইপানা।" হায়না কপ্প কপ্পদি
থুংগ্রে সারুং হনবদো মোইরাং মীহাৎপুংহুদা॥
সারুংহনবা মহাকপু হাৎলুরনি হায়রুনা
পুখোকখিবা উবদা য়ারে ফৈয়োইজাম্বদি।—
"মাংবা তারে করয়ো!" খল্লকপদা মহাক্কা
অহম্ 'হুবু কম্নবা উপায় অসি উদয়ে।

মসেন অঙাং অহূম্ন মতম হুপা য়াদরে
লৈজে য়াত্তানকমহ—কায়দরে হায়রুনা,
খুন্নে খোংনাং মনা-মা, কৈরোইজাখা ইরক্লে—
'নপায় 'মুংঙো য়ুবরাজ, নপন্ 'যুংঙোনা কল্লে,
শাটে চাওবা নোংবানস্থ কল্লে নপাই'বুংঙোনা।
ইবুংঙোযু কল্লবা, কেগে খোরি কথেন্দা,
ননাই শারুং হনবদি মোইরাং সগোং য়োখরে ।।
মজাই 'বেম্মা কয়ম্নো, ঐগী পতি লৈতরে,
মুরা অনি নংতনা । অঙৌবদি চরৈনা
মোংকন্ চোংগনবগুম্না লাকদবা ইসেনগী
লাকদবা ভেংবাংবা সাকংহনবা ননাইবু
তাহল্লুনা অয়ানবা য়াইবী মাংবা তাবদি,
শিল্লে ননাই কনবীম্ন !!" হায়না চিঠি থারক্লে ।।
ওয়োকপনি বসন্ত ! য়েংঙমদবা নহাক্লি !
পুংমদবা নহাক্লী থাংঙমদবা মতম্নি ।
নংগী মতমবাক-তুদা তারবদি লৈয়াংনা,
তাওজিং মথোম কাবদি হৈয়াং লৈয়াং মাগীদা
নংগী ইচেন পুবদা, মচুক থমবা চুয়েনগী
য়ানবুনি তোব'নগুম ! হৈয়াং মউ লিরবা,
লৈয়াং মশা কল্লবা—মপুং কাবা মঙোন্দা
য়ৈরবস্থ য়াকচিংগী অকনবদি উম-হূনা ;
য়েংবা য়ারোইদবনি । লৈয়াং নোনা চোংজবা
হৈয়াং লৈয়াং মথক্তা য়াকচিং উল্লেল তাবদি,
অঙাবনা তাবদা অউবগী মমিংতা
মংোন কারকপহূগী অয়াবগা লোইনবা
মুংশিবদো মুংথরে। অয়াবগী অয়াবা,
অকনবদি অশাবা লৈঙোই থক্তা হৌয়বা

খাম্বিগুম্না থোকখরে, য়েংগুমদরে তাইহেন্রে ॥
নংগী লিংথিজরবা হৈনৌ মপান শাংলকপা,
হৈনৌ ময়োন চাবদা হরাওজনা থোংলকপা
কুছ হায়বা থোক্লেন্দো! থোইমু শিংনা চংবা;
লিরি শিংপা মুংশিংনা লোইরোই লোইরোই হুমকপা,
থোক্লেন অহু তারগা হৈনম লৈনম ফংলগা
চোংই পামেল ময়োনবু উক্রোং উরাং ফাওবনু ॥—
ওসি কৌবা মুমিংতা মোইরাং চাওব-মপারী।
তরেৎ সেল্লুং হনবদি ফৈরোইজাম্বা মবুংনা
মুরা থম্বান নিংথিবী নাইতোম শাংগী থোইবীদা
ইরকইবা চিঠিসি—বসন্ত ইপোম-পুবা
থোক্তে মাহুগুম্ব'দ—ইংনা থৌগল তৌরবা,
ফুগাইনম্ব শাংলবা, লৈপরেংনা লৈতেংবা
থোইমু সংগু ইঙবা, হায়নরিবা শৈশক্তি।
ফৈরোইজাম্বই চিঠিদো, খুৎতা ত্রিশূল পায়রবা
সন্দন-বদি তোংলবা অংকবগী মুর্তিদো,
তইনা লাকএ থোইবীদো ॥ চিঠি অহু ফংবদা—
হিমালয়গী পুত্রিদা শাংপা সনার থম্বাল্লি,
মজাইবেম্মা থোইবীদো, মালেম লৈপাক লৈমনা,
পুবা-ঙমজবা কাংগা মহাকালি মুর্তিবু
ওইখ্রে মচা ইবেম্মা। ইরে চিঠি অম 'মুক—
"ইপন নিংথৌ। প্রজাবু! থোংলেন মন্ত্রি। লোংথোম্বা!
ঙসি চৈরাপ তেনবদা খুমইবদি ব্রায়মদো
তখেন সারুং হনবনা অচুম্ব ন; ঐ থংই।
'হাংকনি চুম্ববম্ব' হায়বা য়াথং লৈরদি,
থোইবী খম্ব অনিবু হাংলু মাগী মরুংতা
নংত্রবাদ খাম্বিবু হংগংচরি লৈশাক্তা,

ইপন নিংথৌ চোরোন্দা। খাম্বিবনা থিন্দুনা
শিরবন্দি থোক্লবা, খম্বু থোইবী চৎচরে,
মোইরাং সন্দোং লমদমদা, মান শিবা মক্কমদা
য়াইবী মাংজখর'ন ॥" হায়না চিঠি থারক্লে।
পারে হিঠি অহুবু মপু চৈরাপ মমাংদা।
নোংগী মায়কৈ উবদা মালেম থক্ক ইংবগুম্
ইংনরক্লে ময়ামদো - পেম্মখবে থোইবীবু।
মোইরাং থোংলেন হংলকই - "কৈবোইজাম্বা নহাক্তি
খংদবরা রাসিদে ?- খংই ঐস্থ মাসিবু
হংগৎপ'দ নংহৌদ্রে।" 'নংথৌ তান হংগৎলে ॥
থাদোই মাগী চিঠিনা লাইজ ওইনা তাকুবা
লাইঙ্গ মপুং ফাদবা- ইরাং অংমা লাক্কুনা
কৈরোইজাম্বই মরাল্লা চৈরাপ মবুক থনখরে।
মপু সনা য়াথংনা -"চৎপু কল্লু শাকংবা।"
হায়না দোলাই পাববু থাগ্রে মোইরাং সন্দোংদা।
কেগে সন্দোং মাযকৈদি খাম্বী মৈবি ফাওরম্মে,
মুক্তা তেংথা খোন্দুনা কোরৌ মখোং ফুংমই।
নিংথৌ পিবা পোক্তবী অহন তম ওইরবী
মুক্তা মানা কল্লক্লে "খবাই ঐগী মপু ওই,
চেক্লা ঐগী কাযদাংফম- উ'ব ওইবা নহাক্তি
পামেন ওবা নহাক্তি। ও স মোইরাং সন্দোংদা
থংলেন পুন্সি খম্মুদি ইও বাইদো থিথনা
মাঙ্গ নমাং থাক্লুনা চৎচগেবা ঐহাকপো।
থংলেন লেংথ্রবদি খংলরেই লম্ব ঐ !
থোংগাক অসি থেন লম্‌ম, মকোই-মুংগন-ম চংজেং,
লমদম অ'স ওইনদি ভাইবিরম্মু নহাকপু ॥"
অসি হায়না মথংগী ওকশাম্ 'লুরেন কোন্দুনা,

থমোই লাইয়ুম সেগাইনা কপ্পদগী থংহোক্লে
মালেম থকতা ভাখরে, শিমখরে তিংদম্বা ॥
লাম্মী শিংহু বাখরে—মুপী হুবু উবদা।
সংসারগী হৌনবোই, কাংথোংগুম্বা—অন্নাবা
মুংঙাইবগা অনিনা কোয়না চন্‌বা হায়বসি।
মোইরাং লৈপাক হায়বদা মপু মোইরাং নিংথৌগী
সারুংবদি শারুংবী,—নাও থেম্নবা অনিনি।
ঙসি মোইরাং সন্দোংদা—শারুংবীদি হন্নুবী—
থবাক থুহুম সুহুনা মালেম থক্ত' থুংন-নান
মুজা তিংগোই ফোয়দুনা থরো কাংক্রম ওনববু,
য়েংখিদরে কনানা শারুংবীদি মদোম ওই ॥
লাইজ কংথয়কপনা লেম্লৈ লৈকম্ লৈরক-তা,
ওহ্লোরেদো শারুংবা ॥ শারুংবদি মহাক্লা,—
"লৈহোখোকো ইবেম্মা। চংলম্লগে ঐহাক্তি।"
হায়ন বিদায় তৌরম্মে। লফুং-থক্তা হিপথরে ॥
মমিং অনি ডুইশিনগ্রে। মতম অদু ওইবদা,
হাইগংলক্লে থাং অদো—হকশম তম্না তখেনগী ॥
মপুগ য়াথং পুরকপা মোইরা দোলাই পাবনা
উরে অথাপ্পদগী হাইগংলিবা থাং অদো।
"ঙাইখো" হায়না লাওরক কোকী খুদৈ অঙাংবা,
হাইরে লৌথোক্লহুনা, দোলাই পাবা চেল্লকই।
সন্দোংদগী উরক্লে "ঙাংখো খু তা অম'ম।"
হায়হুনা থাং-অদো থাম্মে সুন্দ থাং অহু ॥
ঙাংখো হায়না লাওরকই নোংথাংঙম্না পাইরকই।
চেন্সিনগ্রে দোলাই পাবা, নিংথৌ য়াথং তম্মুগ্রে,
শারুংববু চিংথোকগ্রে লফুংগী খুনমক্।
শংলিংবদি হক্সবা লোইরে, শাওরে মৈথোক্লা।—

"কনাগী য়াথং লৈহ্না চিংথোকইবা নহোয়না ?
হাইগংলিবা থাং-অসি থাদগনি কদায়দা ?
মপুই য়াথং ওইরম্ব হায়দনা ঐথোইদা।
শারুংবগী মছৎতা নগোয় অমা হাংকনি।"
হায়রে চুম্না নিয়মদা লাক্লে দোলাই পাবশিং—
"শাওবিরনু। ঐথোইনা ফিংমন্দুনা হায়কৌরে !
মপু সনা য়াথংনি।" হায়না তম্মে রারমদো॥
শাওনবদু তেনরে। থাদখরে থাং অদু
লফুং মথক অদুদা। শিংজনবনা য়ানগ্নবা
তাহৌরবা উরিনি পামেন থক্তে মুজাদো।
মাংউরবা মনিবু অমুক হন্না ফংবগুম
শারুংবী ফংজরে—অহন ওইবা শারুংব॥
শেংদোকউরে ময়ামদো – শারুংবস্থ খোথোংপা
সুংজেং লাইজ অদুদা। মপু চোরোন থরমল্লে,
হরাওনবে লৈপাক্তো। সুরাশিংগী মায়কেদা
পাও অসি কঞ্জখরে কৈরোইজান্না মবাইনা।
সুংগোই তাবে ইংখরে—মতাইবেম্মা হরাওরে॥
চাওবা থোংলেন অনিদো চিক্লখরে মনাকোং।—
হংগংলক্লে নিংথৌদা "মপু সনা য়াথংদি,
নজাইবেম্মা পিবিগ্রে থেংথাং হৌজ কয়াদা।
লৈরাংগুম্না হেল্লবী পূক্নুং লিম্না ডাল্লবী,
সুম্না মতিক চাদনা ইমুং তাংলো থেংবদা,
ননাই থরাই কল্লম্মে সুংশিতক্লে ঐথোইনা॥
লৈবগে সনা য়াথং করম্না ননাই ঐথোইবু।
লাইকম্নবিরগদি ইবেম্মন খঙবু।
হিংজগত্রা লমতাবু, থাজদ্রে নংঙ্গবদি !!"
[illegible] অসি তাবদা সনা য়াথং "ইপুবু ?

চাওব-থোংলেন নহিও—য়ায়া হরে ; হসিদা,
তাসি মপায় বা 'মতং—পুখগনু পুথসি
পুথখোম্‌নু পুথসি।" তাকপিরক্লে নিংথৌনা।
চিংখুবনা হংবদা—"লাম্নি ঐচা খম্বদা,
ঐদি রাজ দণ্ড তুক কংলিবনিনা য়াক্লে,
ঐনা তোনবা লমন-সে শিংঙ্‌ডু হায়ু ইচাদা।"
য়ায়া শিন্‌বা হৈরাংনা থোইনা থুমই মুন্নগা—
মতৌহুগুম্‌ চিংখুবা কজনদি য়ারকই।
কোয়ৌ পামেন-থক, খুৎনা লাম্বা কংনদা,
শাংখরবী লৈরাংবু মালেম থক্তা তাবগুম,
মুরা মজা ইবেম্মা থাগ্রে লাইর শংহুদা,
মপা মপন অনিগী য়াথংহুনা সিংজা ওই,
থোংলেন চাওব-অনিনা লাংবন কখো পয়া ওই।
লোক্তা তায়দা লমজাওদা. পাৎ-ত খোংবাল-মুক্লাংবা,
চাইরম্বদি লাইজবু তুরেন তুখুন তাহুনা—
লোইরে কংলা বিচার, সমুত্রদা তিনখগুম,
মোইরাং নিংথৌ মপুনা—চাওব-থোংলেন অনিগা॥
কেগে চৈরাপ কুমরে বিচারহু লোইবদা॥
মোইরাং চৈরাপ ভগীনা কেগে থারি লমজাওদা
লাইর চেংগৈ তাম্নদি পুথরক্লে নোংয়াইবু—
থোংলেন চাওব অনিনা ওইরে লোইবা অচৌবা,
শুক্র মুন উরকই থাংজিং চিংজাও হেনখরে।
চাওব-থোংলেন অনিগী মনাই ময়াম অক্লুদি
মংল-ওয় চৎলকপা মংই চিংগী পামেন-গুম্‌॥
খুমন মাবু দোলাইদা চরৈ কীনা কুপ্‌না
পুরকইবা খম্বদি—অসুকপদি লোকমুংদা
পম্ন রাগ মনিগুম তান্নি পুরি ময়াম্বা॥

মোংলে মোংনা নিংথিবা তৈরে তৈনা হৌনৈদো,
কক্তবাইবা শক্তি কক্তবদা মথংই।
থোইবী সেন্নু খম্ব্‌দি ঙরাং ইমুং মমৈদই
মোইরাং খোরী কথেন্দা থেংনরুরে খম্ববু
ঙসি কোয়ৌ চুপ্পসু চাদ-খক্ত ; কংলাদা
য়াদবগী চংবসু বিচারহু ঙাইহনা,
শগোল শংদা লেল্লকই ইন্দ্রহুসু চাকুম্থ॥
স্নম্না য়াজয়কপবু খূমন দোলাই খক্তা হাপ,
সুরা, অহম্‌ মাংদা-থা, ময়াম হুগা লাকপদো—
লোক্তা শাংপা থম্বানঙম মোইরাং লমজাও ঙাল্লকই,
সেন্নু খম্ব্‌ অনিনা থম্বাল লৈনা ওইরক্কই।
সুরা মজা ইবেম্মা লৈরাং মনুং চল্লবী
লৈরিক-কুম্না ম্বেংহৌই মোইরাং লৈপাক থোক্কুনা ;
কেগে চৈরাপ শাংদগী য়ৌখ্রে খম্বা ময়ুমদা॥
চাওব-থোংলেন-নোংথোম্বী মনাইশিংগা থোংলেনবী,
হনথিদরে অমতা, ফৈরোইজাম্বা মবাইসু ;
চাওব-থোংলেন অনিগী—থুগাইরে পুকৈ লঙ্গে
লায়্রকম্বরকই সুম্না॥ মোইরাং নিংথৌনা কম্না,
মাইব-মাইবীদগীনা সনা. লুপা, চানবা.
থাবিরকই পুম্নমক থৌগল পাওসু তৎতরি॥

---

৪

## শমুখোংগী শোকপদগী খম্বাংম্বাবা

খুমন লাইর শং অচু স্নুমাং মাঙোল মী মক্তা,
লমজা মুংশিবিবগী লাক্লুবিব হংবব,
অহিং মুংখিঙ নৈতরে। মমান্ চাওবা নোংখোম্বা,
মপা খোংলেন, মচেমগী, থোইব্য রোমগী কয়াম্বা,
খোংলেম্বী নোংখোম্বীগি, মাগী মাগী মরুপ-নে,
সেম্নু কৌবি মনাইগী মরুপ কাওবা য়াওরকই।
খুমন মাবু পোক্লম্বা—পুরেন ঙাম্বরৈমগী,
মপা মমা ওইখিবা; দারি মা'ল কাবদা,
খুবোম শিঙ্গায় পৌরবা লাই-ওয়রবা কাওবনু,
লাকই নো য়াই মাগীদা চৈণ্ পামোইনহুনা॥
নোংয়াই মাগী খনবদা মুংশিখিবা ওক্তনা
লেপই সজেন নহাফাও চংলম্বদৈ লম্বিদা
খুমন খরাই খোংগান্দা—"পুকফবদি খম্বদো—
হেনবিয়ু থাংজিং ও।" স্নয়া লাইবু খুরম্লে॥
খোংলেন চাওবই মনাইনা সেবা তৌই ময়ামগী।
মীয়াম অসি তিনবদ খুমন ইংখোন চা গোইমুং
মীনা থক্কোক তৌথরে—ইমুং থাংমৈ মুংখিত্রে
স্নমাং মাংগোল ঙানখরে, লাইয়েংলকই লমজাবু॥
কোম্লুপ কোম্লুপ য়াঙানৈ মাইবা মাইবী খিবিক্লা,
"খুমন মাবু কয়া অনা লাইকোক্কদগে।"
মপায় কমজাও খোংগাংদা খুমন মাবু য়াঙারি।
মায়খন্ কীনা খন্নুনা. ইঙই, কনা নিহলম্মে।
মমা ওইবী মচেয়া মহু নিংথৌ য়েংলোমদা
লোইবী মাঙম লুম-কম। লিক্লাই লাইজ থক্তদি

ইবুং শোইবা ঙাইরকপা—অযুক মতম ওইদুনা
শাংচরকপা তাঙ্গাঙ্গা কোরৌ মথোং কুপথিবা
নুমিৎ মশক উদবা অচুম্বদি অযুক্তা
শাংপা খম্বান নদৌনা এজাইবেম্মা থোইবীদো
নোংমাই মাতাংবিবগী ওইথংবা মায়কৈ রোমদা;
মনাই সেমু কৌবিনা ঙমজা মাগী খুন্নাদা।
লাইকমরি কমদুনা। মৈব নুমিৎতগীনা
নুমিৎ তরা মঙানি সুরে ঙসি ফাওবদা॥
অহিং তরা পঙা স' মিৎকী করা অমতা
উইথিদরে থাদোইদে। লমজা মাবু সংবিক য়েং
সনা' শাবা মীগুম্মা খুমন্ নাক্তই লেংথিল্রে॥
নোংমাই নখো' অানবু কোনবদগী সেমুনা
মীকুপ অমা থাদে ক্তে মপু নিংব, শাগুমই।
চেদ-য়েকপা লাইগুম্মা লয়ে নুরা অহুমনা॥
ঙসি অহিং অসিদি মওং অমা তৌখরে।
মহান খুমন মহাকপু মৈথিবগী পুংথমদো,
পুং অহুমড় হেক তাবা নোংমাই মায়ুং অহুদা
চপ চানদ খম্বদো উইশিনখরে ।।' অনি।
নুর মজা ইবেম্মা, নোংমাই চমু অানিনা,
খুমন মাবু কৌবদা তাথিদরে খুমদাগ্রে॥
নুরা অহুম অহুগ পায়ম নুংদা চুনথ,
অর্ক-ফর ভানব ফৈরোজ মা মবাইমু
মসেন খুমন লমজাবু মকুপ অমা থাদোক্তে।
ইবুং থেংথিবনা চইনে মীয়াম পুন্নদো।
মসেন নাক্ত কমাদে মবাই চুমু মতমদো
লৈকোন-মুংব পৌবথা তল চাওথোই-বগুম্মা।
খুমন মাগী রাববু মার অসি' উবদা.

চিঙ্খান য়ারি কাংনৈদো ঈচ ইমৌ হায়রিবা,
পুরেলগী সংগাইমুং অহল ওইব মখেনা ॥
থোইবী খম্বু, অদিনা নোংমাই মাবু কৌবদা
তারক্লবা মতমদা—অরাবনে মুংশিবা—
ওস্থোকপদি মিৎয়েংনা কোয়ৌ মৈশা কংলবা,
খম্বান লকা মাল্লবী : থোইবী খম্বু অনিদো,
য়েংনরগা মমৈদা, ফৈরোইজাম্বা মবাইদা
মরোল অহু হংলক্লে য়েংনরে অহুম অহু।
"মজাইবেম্মা কবিনে ? – হাইনে 'নম্মা কবিনো ?"
তাদই-বুংঙো কবিনো ? মজাইবেম্মা কবিনো ?"
হায়নরগা মবাইনা খুমন মাবু কৌবগা
খুমখিদবে লমজাদে, থক্কৎখরে মখিদো।
অতৈ অমা হায়রগদ্রে -কৌগৎখরে মবাইনা
থোংলেন চাওবা অনিদা –"ইমান-'বুংঙো, পম্মৌবু!
মওং অমা ঙৌইনে লেংখৎপিয়ু" হায়রক্রে।
মচাই রাখন্ তৌবদা তুম্নমদবোই থোংলেন্দো
নোংমাই নাক্ত চোংশিনক্লে মচা য়েংই পায়হনা ॥
চাওবা য়েংলে থোংলেনবী নোংথোম্বীসু চংখরে।
মতম অহু খম্বদি অশোকপত্র পুমখবা,
মপুং ফাবা অহুমক পোকই পুংফম অহুদা ॥
হুগী নামন্ থবনা পংৈ মতম অদুদা ॥
মতায় প্রেম হাওখরে পোকপদগী কপ্পুবা,
কপথ্রে খেংলেন সুমিংতো। নোংমাই মচা খম্বগী
থোইদৌ খুংনা ফারগা থোংলেন —চাওবা য়েংহনা,
"নোংথোন কয়ে। ঐনাক্লা ঈচ কনবা অসিবু
রাগদৌবোইনা ঈন্তাওবু।" রানা শোংক্লে মখ্রিদো।।
লেংকদবা খমোইনি রারে কিক্ল কপখরে ॥

চিংনা নিংথাইরকপদা পামেন শিংনা তুবগুম
চাওবা, কৈরোইজাম্বস্ মমা অনি থোংলেনবী
লোংখোনবীস্ কম্রে। পামেন মানা তুবদা
কুপথরে শিঙেন্দি—উদ তাংবী লৈরাংদি
খুমন চম্ব খম্বস্। থমোই পুমকাই কাইথরে॥
কোরৌ থক্তী থাজবু মালেম থক্তা তাবগুম,
লমজা মাগী কাহুদা ইনুং থাওাম ওইহুনা
অহুক য়াম্ব অহুনা নুরা মাদা য়েংহুনা
লৈনম্বিবী থাদোইনি, লাইর শংগী থাংমৈনি।
মৈনা ওইবা থাংমৈদি মপা। খিংতা ঙানবান।
নুরা মাগী মঙাম্ম থমোই ফাওব—ঙানবনি।
রানরবা মতমদা খ্বাইগী থরাই ওইরিবী।
থরাই খিনক হংনবা সুংশং ওইবী ইবেম্ম।
ইনুং নোংয়াই মতুংদা মথংলেনগী রারবা
লৈচিম হুনা কুপ্তুনা থাজ মঙান মকথরে।
সনা মানবী কুচু দা শালি ওইনা মুথরে॥
ইমুংহুদা থাম্রবা মৈগী থাংমৈ অপুম্বা
থাজৈ কায়হ্র মঙা রে। থাদোক মঙান মকপদা
মমগ্রে থাংমৈ পুম্বদে। মনাই সেম্ব কপথরে।
ঙরাং লাংপী মৌগুম্না ইকাই স গোই পম-কোয়,
হেন্দোকপ দ ঙমজ্জদা। কায়েমদগা অরাং
থাঙমদবা সুংশব নোংযাই মাগী মৈন-রায়,
সুরা মৈচাক উবদ, চৌথরেদা ময়াংদো
মনুং ওইবা ময়াংসি নোংযাই নাক্তা ইকোয়-কোয়,"
কপ্ররক্লে মজাংদে পারে চিংন ননবগুম।।
মজা ইবেম্মা থোইবীদো খোয়ুম মাগী লাংওন-লি
লৈম্রেম লাংওন চ খোম্বী কায়না তেংথানাবংজিং

মোইরাং চাওবা লোংথোম্বা চীঙচু মাঙম উমরি।
থোংলেন মাগী ঙুন-হুনা কেম্নথিবা অচুনা,
ময়মথরে—ময়ামচু। ককএন্ সুজা অথৌবা
মোইরাং থোংলেন হায়রিবা যুগন চহি শারবা
পুম্নিরবা অহম্রি। থরাই হাপ্প ঙম্বনি
চিংথোকপম্ভ হৈরিবা! সুম্বা থোংলেন মহাক্না—
"ঐনা কন্‌ব-য়াদৌরি, সোন্‌ব মম্ভ মথৈবু
সুংদা ইশিং চাইঙুমই।" হায়বা থোংলেন মরাম্না
লা-ঙুম ঙম্ব কানরে থমোই মৈতান তানরে।
কপ্পরকপ পুম্বদো—"হিঃ হি.! ঙাইথো করিনো!
য়াদবু-তুক হায়বনি। মপানগী মীনা তানি।
ইচা করি তৌদরি" হায়ন খাম্মে থোংলেন্না।
ওম্নোকপনি মকমদি—অতৈ পুম্-থম্ থমথরো,
লৈরিবা ময়ামসিদি অমম্না কেবন,
মাইবী লথা অমনা নোংথোনবদি হায়রিবা
থেংইংনি মাইবদা পুম্নিরবা অহন-চাক্
অম-ময়া থংনবা খুদম্ চাংদম থংগ্রবা,
ওক্লারবা ঙাক্তনি, 'হুবু ঙম্ব ময়রে॥
খম্বরক্লে ময়ামদো, থোংলেনবনা—ইতাওবু!
অতৈনদি থংঙরোই, কবুই মপুং মাইদগী
সলাং মাইবা কৌকরো। ঐনা সেবক অহন্‌নি,
থোংলেন ঐনা য়াইম নি। মাবু পোকপা পুরেম্বা;
ইতাও মানা 'তোম্বনি', ওজা খম্মিরবদা॥
কৌরুদবা য়াদরে। কনা' কৌহল্লুসিগে।"
হায়রে থোংলেন মন্ত্রিনা। কৈরোইজাম্বা অবাইনা—
"ইমান 'বুংঙো ননাই ঐ' চংচগে য়াগদ্রবা?—
করি য়াদগদ্রগে! ঙমগদরা নহাক-তে?—

ওমংমনবিবু ইমান-না। ননাই ইসেনগীদমক।—
কয়ে চৎলো সেলুংবা। নংনা থুংওক্রি কাওবা
নসেন' খোয়দৌ কাহ্নুনা থনমগেকে' ইকুনা।
নং চৎলো খিল্লগনু। মন্ত্র অসি—শোল্লুকো।"
হায়না মন্ত্র তাকপিরে। কাংহু লেংখোং নাহ্নুনা
থাসি অহিং অমম্বা শূক-স্থগুম খম্ব 'সিদা,
মসেন-হুগী প্রেম-হুনা নাওরহুনা সেলুংবা',
পাম্ব—কৈনা তৌব-গুম তুংখোং পুম্ব শমহ্নুনা
লাক্লে কৈরে ইন্দাম্বদো। মিকুপ অমই মনুংদা
চিংখোংহুদা থুংখ্রে লোইবা থক্তা কারক্লে।
আসোমদা শলাং মাইবী -খুমন মচা খম্বগী
অরাংদে' কাওরম্মে, মও লাঞ্জান্দা উরম্মে -
লমজা মচা খম্ববু মকোক মঙ ইকা-কা
উকুল রাইকুন নৈহুনা চিংখোং-চিংয় লমদম্দা
রান কোয়চং চংহুনা নৈন-মুরাংহুবু।
সলাং মাইব-লাইবাদি সুংহাংহুনা লৈরকই।
সুস্তা লৈরিংওদা মৈখু লক্তা উরকপা
মৈগী মৈরি নপৌগুম "াও অসিগ তার ম্ম।
কবুই থেম্বু' যাইদগী মোইরাং কথেন করুবা
কবুই সুপী অনিবু সলাং কাদা পংগুবে।
হংগংলরে অনিনা—"ইবুংঙো 'ে ম্মা অনিমক
তান্দ্রিবরা নকোয়দে। কাকুম্ কৈ ছেকুপ-লাকুপ,
নজাই-বুংঙে অগবু, মোইরাং খোরি কথেন্দা
শামু থোংদা য়েৎলম্মে—মোইরাং মচা কয়ানা!!
অনা থরাই-লায়কন্-কা-ইমুংয়-শিল্লোন লান
য়োম্ব লাইকয়থরে। শিন-তারে তায়নদি
তাজয়কই এখোইনা চৎত্রিবরা হৌজিক-কাও?

তাত্রিবর ?" হংঙকই ।। অচুম্বরা হায়রুনা
হংলকপদা "পোইদরে ।" হায়না খুমই—"হিঃ। তুমি
করিনো খোংলেন নংদে—মোইরাং নোংখোন করিনো !
তাকন্তবোহরে ঐগোন্দা ।" সুম্বা খম্ব নৈরম্মি ।
মোইরাংদগী লাকপদা হাওনুবী অনিহুদি,
তম্মই পাও-হু আহংদা—মতিক চাবা মন-পি ।
মচাই পাওহু পুরং-মন্ । "হয়েং ইমুং ঙাল্লগা
চংলসিদ" হায়হুনা সলাং মাইবা মাইবীদো,
ইমুং অহু লেল্লমই । তুমদে মচাই রাখল্লা ।
মাইব মাইবী অনিগী থর'ই অহু থোকহুনা
কোয়ৌ নোংথোং হা'হুনা কাখংখরে উন্নরুই—
পুরেন ঙাংখরৈমদা মরুপ মপাও মেল্লরে ।
"মচেম খম্ব্ কৌবিবু যে কপিনবা নৈররোই
খম্ব-তম দাংলিদে হংগংলুকো ।" হায়রম্মি
যোম-নিংথৌগী চোরোন্দা-নৈরমইদো সুম্ব্-দৌনা ।।
মতম অাস মক্তদা মিকুপ খরৈ মনুংদা
চিংথোংদগী চিংদোন্দা থুংখরে কৈরোইজাম্বা ।।
খমুং লাইরৈ পুংদনা ঙাম্বরৈম পুরেম্বা
অনি চেন্নিনখিহুনা নোংয়াক্ত মচাই থরাইবু
পিয় হায়না কপ্লরে যোম্ব-রাজ চোরোন্দা ।
"রাকখিনু ।" হায়হুনা খার্মাজনাবখি অনিবু ।।
কৈরোইজাম্বা চংখরে মকু সগাং থোংজিন্দা
মীথোন তারে,—তাদরে মীনিন্'মতা মতমদো ।
মনেম মকু অনি'দ মচাইদমক লাই-নিংই ।।
কৈরোইজাম্ব খোং অহু কিৎ-নমই । "হা কনানো ?"
হংই সলাং নিংথৌনা । কৈরোইজাম্ব-অঙাংনা—
"ইমান ইবুংঙো ! ইমান-ইবেম্ব ! ননাক ঐনি ।—

কনানো 'থোইবু থংজ্রে ? -ননাই কৈয়োইজাম্বনি।"
মমাক 'সিনা খুমজয়ে মোইয়াং কৈয়োইজাবনি,
হায়ব-হেক খঙ্ঙকপদা মাইব মাইবা অনিদো—
"ইবাই শেম্ব-মাংঙ্গেদো !" হায়রম্মগা খুনদি
হৌপংচগে 'তৌবদা, মচা শিয়ে হায়বগী
পাওনি থন্‌খিবদগী —পামেল লেক্ষু তাওরবা
লৈসৌ ভির চাবগী, তলা মাগী মতৌঙুম,
ছুত্রে ইমুং অহুদা জ্ঞান্ মাংনদি অনিদো ॥
মমাক কৈয়োইজাম্বনা অমুক হমা কৌবদা
খুমখিদয়ে অনিদো। মমাক' য়াথন্ কংহনা
থোং অহবু খুদেকলে চংলে মমাক সেলুংবা ॥
ইশায় কুগী লাইজবু পাথং খুংন লৌহনা
খিক্লে লয়াই কোয়রেন্দা জ্ঞান-হু লাকই অনিমকু ॥
কনাগুম্বা মহাক্কা মাগী থরাই ওইরিবা.
খুম্ব থম্ব কিজাগী ময়ন্ হি-য়াই অহবু,
পাকু-হেক পম্মিংদবগুম অনিহনা কোইহনা
মমাক মপাও হংলকই—"কৈয়োইজাম্ব কম্বিনো ?
নপা ইতাও নাবর ? ইচন নমা নাবয়া ?
ইচা ইস্থ কনাদি নাব-য়েকপ য়াওবগে ?
ইমুং মতম চাদনা নংনা ঐদা লাকপদে ?—
ইলেল ইবুংঙো থম্ব, নজাইবুংঙো নায়ে।—
করম হায়না নাবগে ? থোয়ুম মাগী চৈথানা
অনা লাইহৌ নত্তেদো। অঙোম মচা লোংখানগা
যুবরাজ চিংখুবগা অনি লৌতুনহনা,
অনা য়াথং শাহনা কোথোকপিয়ে ইলেনবু ॥
লিপা লিফু মঙাগা মীয়াম চংনা সৈরবা,
'কেপে খোরি কৈথেল্লা শামু খোংদা পুরবা,

চেপ্প-তার চেপ্প-চিং লোংন-তার-লোংন-চিং
ইঙাং-পাক্তক্রুরম্মে ইমু পাম্ফেম্মরম্মে।
মঙাইবেম্মা খোইবীনা তারকতুনা কল্লমই।
উতুপ তাবগুম তারম্মে। কেগে বিচার থিবদা
খন্দি তারে চিংখুবা। নঙাইবুংঙো সিদগী
লাখিবনি ইমানবু। ঙসি তরা মঙানি
সুরে লাইকম্মরকপা। ঙসি অহিং অসিদি
নঙাইবুংঙো ইশেনবু পংথব 'মা য়াওহৌরে।
ইমান খোংলেন, ইপাগা তানবদা ইমান্-বু
নংতনদি ঙম্মরোই ননাই ঐবু হংগংলু।
ঙসি ইমুং ঙানপ্রবা, ইসেন হিংঙরোই হায়রে।
ইমুং ঙাগ্নিবৈঙেনিদা য়োবিনবা ইমানবু।
লাকচবনি ননাই ঐ।" হংগংচরে সেলুংবা॥
সনাং মানা "সেলুংবা! নহান মখৈ কৈদোই!—
মফগবরা 'মসু ইমান থর ই রাগনি
অসি খিবিক লাইহুনা—শাম্বিনবা লৈতেদো
ইমান লাহ্লোরকনি মচাই কাদি থোকখরে।
হায়না চিংনবদগী মপু মোইরাং নিংথৌনা
তাকউগম্মু হায়বনে তাকচদরে অসিনা।"
হায়। রাফম 'সি তারগা মরুপ অনি চৈরকই—
"খোংলেন পাপী, মুরখা ওইবা চাওবা অনিহু,
শিরখোইরে মোইরাংদা। খোয়খা শুংগী তিন্-হুবু
মীন্-অহুম তৌরগা তুমিল্ লৈরে য়েংহনা!
চাওব খোংলেন্ অনিবু হায়লোইগে ঙসিদি!!"
হায়রম্মি, সনাং দো থুমন মচা কৌরক্লে—
"ইপাইবুংঙো খম্বতোন ইপা লাকএ লৈরমখো।"
হায়না লাওই মচাবু; মচাই কৈনা চাকপনা

জিম্রাক রাংদো চে খগুব চোংই সলাং মপাদো ॥
অয়াংবদি নাকংবু থৌচ মানা ননখগুন্
কানদয়ে কগ্না খন্নরগা সলাংনা,
সলাং মাইবী তালোইদা "ইচায়দমক মঙ-দম্ু।"
সলাং রাখং পিরকই সলাং মাইবী মঙ-দমরে,
কম কম মচাগী, মঙ-দম্ স-দ চংখরে ॥
হিপ্খবগা কাওবগা—চিংথৈ মঙাল-লাক্রবা
থূমন অঙাং হিঙ্ঙরোই। ঙসি ইম্বুং অসিদা
কংলবাম সলাংনা নোংয়াই লমজ হিংগ'ন।
সলাং নগুণ য়েংনবা হেজিনবনি,
চায়দোরে কাগিন্দই দোবা ওইরে নংগি।"
হায়রে মংলাঙান্দুদা। তন্মে মপুরোইংদা ;
মঙ-অহু হেক তাবগা সলাং মাইব থিন্দরে ;
হিদাক থাঙ ত্তু য়া কল্লে পাইরে থাং চুংগোইস্থ।
মমাক কৈরোইজাবদ "ঐগী তুংদা চংলুকে !
ইকু মাংদা চংকেকো তিন্মু ল'ইমু থেংননি।"
হায়না যাত্রা তৌখরে, সলা মাইবী মমানা,
থোয়াং থর স্থমহুন উভোং 'মদা হা'নরে,
লশিংদদি লোৎবগা "ইচায় য়াদ থাদৌকো,
থয়, হকচাং থুংনব তৈবিয়ুকো ইচাদা।
ঐাদ ইম্বুং চাল্লগা ইচায় নাক্ত য়োরকে ;
ইচা কব ওইসনু।" হায়রহু-ন 'শংরে
মকু মমাক অনিনা মিকুপ মঙাই মনুংদা
থুংগে চিংথোং অহুদা –তয়া লাইব সংহুদা
সলাং মাইবা থেংখরে। লাইর স্থমাং মতোপ্দে
সলাং য়ান লাওরকই "ঞোংলেন-চাঙব অনিথক'।"
সলাং থোঙ্ক তাখরে স্বাই লাওখয়ে অঁনিদো,

"ইচা হিংরে" হায়বগী হুংচাইখিবা মতম্দা।
সনাং মানা লাকপদা মপান থোক্তে ওকউরে.
থোংলেনবনা থোকহল্লে। থোংলেন চাওক অমিরা –
ইতাও! ইতাও ইবুংঙো। – হই। মুখ্য অনিমক।
হাজং-চাব-শা-অনি। করম্ লাইকয়রি হাই।
সনাং ইতিক থংউদো। ইচা লাইকয়খিগে।
থংগনিদো হান্দক্তি।" হায়না চৈরে চংলক্লে।
চাওব-থোংলেন অনিনা, থম্বই নাক কুম্বদই
সনাং শাওবা উবদা চোংথোকখরে কুমকমদুই
খুরুখুদক কুম্নুনা—"ইতাও বুংঙো ভাকপিয়ু।"
হায়না খুমজরকই। থোদো অসি উবদা,
সনাং মাবু কিবনা মজাইবেম্বা' থোইবীসু,
ইমুং হুদা লৈরিবা মীয়াম অহু নিক্লরে॥
"ইপাই বেম্বা থমুও! নোংপুরাগী মথবাই
ভারুখিগে ইপা।" হায়না সনাং মাইবদো,
লোংথোংবগুম কপ্লকই। ইচাই থবাই কংলবা
হন্নকখিনি ইপাসু। কংক্রবদি লাক্লরোই।—
"ইতাও থোংলেন চাওবও! থাংগম লোইন-মুখংলু,
ভম্বন ওইনা লাকনি. পাইখংলনি এজাইদা।
হৌদে য়ুময়াং নপ্রদি পাইখংলগা শোয়দোদা
ভারকনি. মাহুদা খুমজ ইচা কাপনি
মথাং থোংদা' কাংথোকউ অতৈ থোংবী থোংন্যাওরো
লোইন পুখিং থিংজিন্নু ঐ চংলেকো।" হায়দুনা
চংল্রে থোরি কৈথেল্দা: খুমন মচা য়েংখিকম্
মাহু ভাম্না চেন্নকই॥ থোরী কৈথেল অদুদা
মচাই থবাই অহুনা মুর্ত্তি অয়া ওইদুনা—
লৈমমে য়কম হুরা। থাংদা থাংচেং 'মত-য়াও,

শম্ না, ইকা কাখরে, উফুল য়াইফুল তৈরম্মি।
হকচাং মপুং কাদরে।   চাণবগী অয়াম্বা
খক তবগী থৌয়াংব খাংব-ঙম্মদরবোই!
চেংদায় কম্‌দই অতাবা চেং-অহু খুম চায়মই,
উফুন লক্ত তাবদো কামখোক কামখোক খুল্লকই।
কবোক য়োম্ফমদা চংখি খুল্লি কবোক অহু 'মুক।
উফুন তম কামথোকই মাহু অমুক চায়কই।
মুরতি 'হু উবদা —"ইচা নিকো" খন্দুনা,
সলাং মাইবা মপালো মিৎত পিবু তাখরে।।
"ঐগী ইখোন্ তাবদা ইচাই থোয়দৌ থুক্কনি,
ইচাই থোয়দৌ ফাবিয়ু।" হায়না থাংজিং খুরমই।
থাংজিং লাই-দি থুংলরে। মম খিংগায়হনা
থাংজিংনা থোয়দৌ ফারে। কল্লিগুম্বা খংহনা
কাগে চেন্‌ব-খোল্লগা হায়না থাংজিং ওইরোমদা,
মহাদেব য়েৎ-লোমদা, মুরতি হুগী নাকন্
অনি খাত্রাং লেপ্লরে। থাসি নোংয়াই মতুংদি
খেংখরবা অমম্বা নোংঙাল্লমদায় অসিদা—
মচাই মুরতি য়েংই কৌরে সলাং মপানা—
"ইপা লাকএ থুকমু. য়া-ঙাংনসি ইপাগা,
পারি 'বুংঙো ইপানা. খিংলে অমম্বা লম্বী।
অচং-লম্বী ফাংলিদো। কদায়দনো নহাকপো?
পারি কৈদ চৎকেগে? লমজা নচেম লাইরবী,
নোংয়াই নংবু য়োকপদা লুয়াই কোগও পুবদা
লয়াই কোয়রেন্ পায়বী, লৈকাই ফৌহু লংবদা
খুবাক লোজা হয়রবী! শাজো নংগী খন্‌বদা
খমোই নৈতান্ ওইবিনি। নচেম লমন শিংখিসি।
নচেম লুহোংখিগনি হায়বদায়নে নহাকপো!

নমা সনাং মাইবী অমৃতবু পিরকই।
ইপা লাকই চংলুকউ। ঙাইনহৌরে নহাকপু।
লাইরবীদো নচেয়া খুমন নংবু কৌহৌরে।
নংবু পুব কনানো মশক তাকউ ইপাদা।
হাঃ খম্বা! খম্বা! খম্বা ইপা লাকএ শাজৌতোন!
খম্বা হায়বা বাহৈহ্ অহয়ক-তু কৌবদা,
য়েংথোরকই খম্বদো অসাই মখৈ থৌওইদে,
চারমই পোং খুন্দুনা। খম্ব চৎকে হায়হনা
লম্বী অহু য়েংবদা সনাং মাগী মন্ত্রনা
থিংগ্রে লম্বী অতেদি অচং লমদা মঙাইরে।
চিংউ থাংজিং মহাক্না নোংমাই মাংদা চিংলক্লে,
সনাং মাইব তুংদ-থং, লম্ অমতা মরৈরে.
অহুম অসিঁ চৎলক্লে, মপায় হোজং চংলকএ।
থাবম য়োব হুদদি চৎলু য়াক্লে লেপখরে।
সনাং মন্ত্র শোন্দুনা থোরকপদা চৎতরে।
"নযুম নত্তে অসিদ চ.উ নযুব অসিনি"
হগা হগ্না হায়বদা চৎতে হেন্দে য়েংবদে।
সনাং মাইব মপানা মন্ত্র অমা শোন্দুনা,
নুরা মজা ইবেম্মা খম্বু কৌবী মচাগী
সুজা সোর লৌতুনা তেংথারক্লে মচাদা—
"ইচেমগী 'বুংঙো খম্ব! তোবুং শমু তানগনি,
হায়না নংনা চংখিব কোয়ো শিংবুম্ তরাগা
মঙানি সুয়ে খম্ব। শাজৌ হনক্রুববু
নোংমাই কৈদোরবগে? হনক্রোবা ইবুংঙো!
তরা থোংব লোইহনা নংগীদমক হায়হনা
তরা চাক্লি ইচেমদি নোংমাই ঙাইরি নহাকপু!
লমজা নংগী থনবদা তুমংগ্রে চাক্লে হচেম-বু,

ইচেমগী 'নুংঙো খম্বা! হা খম্ব নংবু নুংশিত!'
হায়্রব মপাল্ল থোক্কব মচেম শানা কৌবসে,
তারে খম্ব মহাক্তা। থোক্কম অদু তাবগা
খম্ব মাংগোন কাখরে। ভং ভং লাওনা থোংগ্নাংলেং
ইমুংলক্কী মীশিংনা তারে "মত্তা অমত্রি"
চাওব-থোংলেন শিক্লক্রে। চাওব কৈরেম্মি ইক্লাকপা
কৈরোইজাব খম্বনা মখং মখং য়েংনরে,
সেম্বু মান্থ খংখরে। থোংলেনবী নোংথোম্বীম্ব
খংলে থোংখাং তাবদা। মাঙাইনরে মমাংমমেং
বাদি ইঙাং ঙাংনদে। কালেন মৈনা শারবা
মালেম থকী জীবন' চিংথোং মুনা হৌব-নোংঃ
ল'ইজ মখোন তাবদা ইংবগুম্না ইংনথি ॥
নোংমাই মাগী থরাইদো চংখ্রে তম্মন ওইহনা;
থোংগী নাপ্লচপ-ভুদ। তম্মন অদু নপউরে ।।
সনাং মাইব মপানা থংলি থোং পায়রহনা ॥
থোংলেন মানা কৌরকই — মচাই থরাই অহনবু,
লাইজ ইথোয়্রাংবগুম্ মন্ত্র ইরোইহনা,
থোইদৌ য়্রাপকম্ চেপ-মথৈ বাখিবনা মচাগী ॥
চংলকতরে তম্মন্দো। থোংলেন মানা—"ইতাওবু!
পল্লে, সনাং অহুদ।" তাকই সনাং মাইবদ। ॥
সনাং মানা—"শাজৌভোন! পারী নংদি ইপাবু
কিদবরা ভোলেন্তোন। য়ারয়োইদরা নংবো
ইপাই গুণবু খংদরা?" হায়না মন্ত্র শোম্নুনা
মিংত পিবু তাখরে, কপ্প কপ্প কৌরকই।
সনাং মখোন তাবদা, পাইখংখরে তম্মন্দো,
মুম য়া'লেম্মা নপখরে। মন্ত্রনা তান্থরক্লে।
লৈন লৈন তারকপা—উরে থোংলেন মপাগী

কোকী মপা কাওবহ্ । থোংলেন ম্যামিন কংখরে ।
মরূ শোরে মমানা উন্দে কারে ভন্দো ॥
ভন্দন হূপা শোয়ননা মচাম থোইদো অহুনা
থোলেন ওংই কাপ্লকই । ওংগুকপহ্ ভাবদা
চেন্নিন্নক্লে সনাংদো খম্বই লরাই লেন্দ্রুদা
ওঁ-কার ভৌরে, কামই । হাপ্লে মচাম থবাইদো ।
থবাই য়ৌপ্লে খম্বদো -খেন্জোং লান-থুম্মবা
সনাই খম্বান নদৌগুম খম্ব মমিৎ পাংলক্লে ।—
"কৈনো ইচে ঐহাকপে। ইনম-অমগুম ভৌরম্না"
হায়না খম্ব কৌরক্লে । খম্বই মন্তৌ উবদা,
লমজ মথোন্ ভাবদ—লৈরম্বিবা মীয়ামদো—
মুংগাই থকতা কালেন্দা লৈরাং শিংখু চাম্নবা,
কুমপী নোংনা খিকপগুম, সোবাই লাওনা হমাওবে ।
খুমন মাপী ভুংনকম চেক্লা মাপী কায়দোংকম,
মমা শকপী মচেম্মা—"ইবুংঙো ! ইচেম লৈনে ।"
হায়ন খুমই খম্বদা । খম্বনা—"ইচেম হন্ ঐ
চাক লামইদা ।" হাইরকই । মৌপুবাপী বা অহ্,
হেক ভারকপমক্তদা—মিৎত পিবু শিম্বরো
হিক হিক কপই-খগ্রুদো, মানা পোকপ-মুমিংতে
মবুক্তা মুংঙাইখিব মুমিং অহ্ মঙাইরি ।
"ইচে ওপ্পে ই শায়বদি শায়বিরগ। ইনবিমু ।"
হায়না ভাকই মচেদা । খম্ব শায়রে ইনখিরে
চিনগা চিনগা খেংনমা, চেক্লা মচা নদৌনা
ভ্রোংমাই চাক-ভু চায়কই । মাবু পোকপী মমাপী
অমতদি ওইখরে । চকম্ কারে খম্বপী ।
"শাক্লো ! ইচেমদা চুপা অবুকা চাখিজদো ?"
হায়বিরকই "কে ইচে ।" হায়হুনা চাক-অহ্,

ইরে চথোম অনি-মা নোংয়াই মচে ম' খুংছুনা ।।
খম্ব থোয়াদা কাথরে, অান-ছু পুম্-তা তাথরে ।।
সলাং মাইৰ মপানা খুমন মাবু - "ইবুংঙো !
তাওসে ইপা ৱা হায়গে ।" হায়রে, সলাং থোক্কমদো
তারকপদা খম্বনা—"ইপাই-বুংঙো লাকপিরি !
ঐদি খংজরুদরে ।" হায়না ভক্তি কৎচরে ॥
সলাং মানা—"কুইরেদনা ইপাদে ! সে ৱা হায়গে,—
ইপাদগী অহুংগা নপা মখল্লগীস্থ .
নমান চাওবই খরমা—পুন্সি অসি লৌজরো ।"
হায়না নাল্লে মচাবু । থোংলেন চাওবা অনিস্থ,
লৌজো খম্বা হায়ছুনা নাল্লে অহুম-মক-তুনা ॥
"করো করো পুন্সিয়ু" হায়না বোর পিনরে ।
ওয়োকপনি লাই ওাক্লি হায়-দহায়-গুম-মদনা
মাগী মাগী পুন্সিদো লৌখোক্কুনা হাপ্লিগ্রে ।।
পুন্সিরগা লিন-শিংনা মকু অমুক হুবগুম্
খুমন মানা নাশদি ফংজখরে পুন্সিহম্ ।।
সলাং অমুক কৌরকই—খালৈ ময়ু থকপগুম
মচাই কাদা পেন্দরে—মচাই য়াইফননবা
খনগ্রে ৱাখন-হুতবু —"পাব্বি খম্বা ! —পন্থৌবু !—
নংবু পোকপী নমানা নংগী পোৎনি হায়হুন।
হাপ্লকইনে ইবুংঙো !—পন্থৌ কব্বি পোৎলোনে ?
পিবিরোবা থিৎখুনা । —সিনি ঐস্থ য়েংলক্তে ।"
হায়রহুনা উতোংদৈ লশিংদদি সুন্দবা,
অবুক-হু লা'মদা পিরে ময়াম মমাংদা
নোংয়াই-মচায় খুৎ-হুদা । অম্বতগী মনমদো
খুমন নাতোন সুমাংদা—রৈরুবদা খম্ব-দো !
ফিক্র ফিক্র কপ্লকই —"পাজন পোথী ইমাদি,

মচা নাপে ভাবদা লাকচবদি ঙমজদা।
মচায়দমক হায়ছনা থোম্নাং পিনম্লকইবোই ॥"
হায়না কৌই মমাবু–সনাং মমা খুমমই।
নোংমাই মতৌ উবদা লৈবি মীয়াম পুম্বদো,
মমা মচায় প্রেম-ছনা কুইনা তৌবা নোংঙম্নে,
খম্বুং নোংথোং তমক্রে—থোংলেনবী নোংথোম্বীহ,
থিঙেল ইনম খাইবগুম অমৃতসু হোৌরক্লে।
অমৃত-দু ইনথরে নোংমাই খবুম থন-মখৈ।
নোংমাই লমজা হায়বদো মাগী মিংথোন মাংখরে।
হয়াওজরে খম্বদো হয়াওবগী লাইজ থকু
ইনৌ চাবা লেমৈঙুম ময়াম ছুসু সুংঙাইরে।
ইসুং অহু লেমগা কোয়ৌ ঙানফাৎ-তরিঙৈ,
সনাং মমা থুংঙরে মনাঙ্গৈ সুপী মঙাগা।
পূরেম্বগী হোজংদই—"পারি 'বুংঙো লৈবরা ?
হায়না চেক্লা মপীগুম সনাং মাইবী কৌরকই।
কালেন থাণী লাইজ গুম মমাই থোক্ষম তাবদা—
"কনানোনে।" হায়নরে। সনাং মমা ওইরমই।
চৎপ-চেনব-হৈরকপা অঙাংশিংনা তৌগুম
চেনথোকুখরে খমুদো।—"করে—ইমা ইবেম্মা!
থুমন নচা খম্বদি।" হায়না হান্না তম্মুরে।
ময়াম চোংথোরকতুনা সনাং মাইবি ওকখরে।
'তৈদা পুক্লিং নাকচেৎনৈ সনাং চংসিনখিছনা
নোংমাই মচা কৌরুরে,—"পারি ইবুংঙো খম্ব!
ইমা লাকএ ইবুংঙো! ইচায় হৈরাং পুরকই—
মেংঙ্গু খম্বু অপাম্বা!" থাক্লই মচাই মমাংদা
থসি হায়না মমানা। খম্ব মমা উবদা—
কোয়ৌ মঙান 'মাকপনা সুংখিন চুম্ন হৈরকপ,

হৈরাং লৈরাং অনৌব – পাম্বাঁ খক্ত লাইজনা,
সুমদাং মাইদা খিকপগুম – খম্ব পুমইং ইংখরে॥
সলাং-মমা থুরম্মে। হৈরাং অহু খঙরে
নাবা শিংনা ভোবগুম, চেক্লা গুয়া চিন্-দিমৈ,
পোম্বীগুম্না চিল্লোক্লৈ। হরাওনয়ে ময়ামংদা।
পুন্নেম্বনা লৈরিচৈঙ তিম্নরম্ব ময়াম্নি!
থোম্নম মাগী নোংদম্মা নিংশিংনরুম্রবনি।
ঙসি কৌব সুমিংতা ঙম্ব মঙকাওনররে॥
থোংলেন তালোয় হঙবা, নোংথোম্বী, সলাং মাইবী,
অহুম অসি চান্নবা - ঙমখৈ অম্ভ ঙসিতা,
খম্ব্ কৈকোইজাম্বম্ভ মীয়াম অঙাং মখৈনা
উজৈ তরু তকনা মিংত পিবু তানজৈ।
"থোইনৌ সলাং মাইবীদি, থোংলেনবী ও, নোংথোম্বী!"
হায়না কোমৈ চুপ্পেদে, --কতম কুইনা কংপ্রবা
ঙসি সুমিং অসিদা ১৭প প্রমবু ইহৌনৈ,
খমোই থুম্ন চাওনবা প্রেমগী ইচেন অহুনা,
পাখনৈদো লৌনম্বান মায়াক মরি চাইথরৈ॥
পুম-পেন্ ওইনা পেন্নরে অতা-অউ বশিংদো।
অরৈ মখৈ থোং থাক্লে - চামিম্নক্লে ময়ামদো॥
থুবন মাগী বাংলিবা পাংগন্ হুদা মঙাইরে
বাখল পুক্লিং শৌশিংস্ত লোইন-পুমহন্ হজিল্লে॥
থোইবী বা ইঙাং ঙাংদে। লমজা মাগী ওয়দ-লৈ।
মাঙ খাদি মতমদো, ময়াম অসি' ইরৈনা
পুক্লে সুব' মনাক্তা—"লৈরি লৈতে" হায়বসি
খন্নুদে অহুক লুম্ন॥ লৈরাং নৌজয়বীদি
খাদোই সনা পুক্লিংদো মপুং ফাব শিঙ্গেন্দি
.কেছুকি .কোবী মাগী লৈরাং লৈরিক উকুমা,

থোইবী মায়দা থোকপগুম  চিংনক্লবে ওয়না ।—
"পম্মো মাবু শাওবদই, য়েংদবোইরে ঐহাকপু !
থোইবী ঐবু নিংথৌগা থোংলেন চাওব অলিনা,
মচা লাইরেন্-নহন্গে হায়না পুথরকপস্তু,
খুত্ম মপাও লৌহৌদে ।  মতম অহু থংলেন্দ
অনাবগী মৈংাক্লা বুদ্ধি ভাদে অহুক্ষ ।।
বাখন ভারক্লবদা ইম্মোকপিরে ঐহাকপু ।
কৌবিদরে য়েংদরে, মাঙেঙদনা, তোক্লেদো ।।"
হায়ন খম্বক্লবদা  ইম্বুং লিক্লা চারবী
লৈরাং শিংনা তৌবগুম — মায়থোং খম্বান অহুবু
পি-না পুমচোং চোং-মখৈ কপই লৈ-দা লুকতুনা ।।
থোইবী মাগী লৌরবী সনা হকচাং অহুবু —
থাম্বী মৈনা চাকপদৈ - মৈশা অহু কোক্তুনা
লৈরাং খুম্ মলবদা — খংহৌদনা লাইজনা
অমুক মরেপ খম্বগুম বারি থাদোই ইক্রিদো ।।
নোংমাই মবাই কৌরকই — "ইবাইবুংগো তাবিয়ু ।
ইবাই খুংলাই পায়বিয়ু ।  ঐবু ঙাইবিরগনু ।
চিংখু-কোম্বং ভঙ্গিরো — থুগাইখিরো অহুগা
থোইবী সেম্মু কৌরবী নুগা অনি অহুদা,
কাবিরকউ ইবাইনা ।  মহাক-খক্তিনদো-সে ।
অচৌ মচানি হায়না চাওথোক্লমাসে য়াম্না ।
ঐনা শিবদা নুরা অনি পুখিগে হান্দক,
ঐনা অমুক বাবু কয় নোংমত্তা য়েংদে ।
লৈব ভম্বকতরে এ — পুকচেন কংতরবীদো
মা, লোম্বনখিগে থোম্দা ।।"  হায়দোয়রক্লে খম্বনা ।।
"ওম-লোইবী খম্বগী লাইজ ইচেল ওইরবা,
তাংখক লৈজবা বাহু তারকপদা থোইবীনা,

অশাব-পি-ছু কংজ্রি, অইংবা পি-মুক তারক্লে।
অশাবনে অইংব-পি অনিদো তিম্বরে ॥
খুমন মাগী পেরেমগী লাইজ ইপাক থক-তুদা
মুক্তা ওইবী পুক্লিংদো নিংঙেন থুমগুম-তুমথরে ॥
"ইবুংঙো! ঐ লৈনে, সে!" হায়না খুমই থোইবীনা।
থাদোই সনা হকচাংদো, খুমন হকচাং নানজরে
মচু কুইনা চুংখিদো, য়েংথোরকই খম্বনা ॥
"ইহে, মজা-ইবেম্মা! শাওনু পংহায় হায়রুরে!
ইবেম্ম-উদবদা পুক্লিং মুংঙাইরুদরে।
থর ঙাং-পরুবম্ব ফগদনি কম্বিনো!"
—পাথং পুক্লিং অহুদা মতা 'ম ওইনা খম্বা
মশা নৌবু থেমজিল্লে। লাইজগুম্ব ইংনরে ॥
"হায়জসম্নু" হায়রগা চৈরুবাদ অদুনা
থাদোই, থোইনা পেঙ্গখি ফজবদি পামখিত্রে ॥
ইবেম্মনা—"ইবুংঙো! চাকসি খিংতা ইনগেদা?
ইনবিয়ুনে ইবেম্মা।" হায়রতুনা থোইবীনা
তরা চথোম কয়াদি ইল্লে ইনুং ঙানথরে ॥
খুমন মানা সেন্নুদা "নুম্বা সেম্নু কৈদোগে!
ইবেম্মদি চাক ঙাক্তা ইন্সিনবিদো হৈখিত্রে,
নংনা ইশিং খিঙদি ইনাবয়ুব কৈদোগে!"
সেম্নু মানা—"ইবুংঙো। ননাই এদি মিনাইনি।
লাইজ করম ইনগনি? মুংশিবিবই তাকপিবা।
চানবিবদি উৎপিব মুংঙাইজরে ননাই ঐ।—
ইবেম, সনা খুৎনা খিংতা ইন্সি ইশিংচু,
চাকঙাক্তা ইনবনদি মুংঙাইতরে 'বুংঙোগী ॥
করি বানো মরুপলোই থোইবী কুপ্ন সেন্বই
কোলোই সেম্নু কৌবনি। কৈদোংগে ইমাবা!

ইনবিয়ুবো অমুত্তা।"- হায় থোইবীনা শৈশিংগী
মনম্ হুৎশিবিদনা শিঙেন মঙণ ওইদেদেং,
অমুত্তনা লৈবগুম মমুং ওইনা লৈলৈদো,
মরোল্ লৈব বাঙাংনা ঔজিৎ ওইনা অহুম্না
ঙাংনরগা সেম্না "অনা লাইকোক-পিরোকো।"
হায়না লাইজ ইন্থরে। লাইজ অহু তাবমা,
নোংমাই পাঙন হজিনথি বাংলেন পুঙোই অহুম্না ॥
হৈরাং থৈবোং কৌবনা মালেম সুংদা মরাদা
মুমক্লপা, মালেমদো চেথায়তুনা নম্মকপা,
হৈরাং মনম্ তাবদা পেমবগুম ময়ামদো,
থৌদো অহু উবদা পেমথরে লোইনবা !!
মক্তৌ অমুম তৌগনা কোরৌ শিংবুম কয়ানি
অনা থমাই লাইকয়ে, নাব শিংনা তৌবগুম
সুমিৎ পুংজা থুদিংগী পাংগ শাদা কাপক্রে
হয়াওবগা লোইনন ঙসি অনা লাইথোরে।
মজাইবেম্মা থাদোইনা নোংথোম্বদা চংথরে,
থুমন চমু থম্না থোংলেন মপা খুরম্মে।
মনা তাংগ কংলুরে লুপা তাংগ থুংউরে।
থোংলেন চাওবা অ'ননা—"লৌবা হৌনদে।" হায়রে।
নুরা ঙাঙোই থোইবীনা—"লৌবিগনি ইসিদি,
দখিনা-নি গুরুপি।" হায়জে ; তুবু লৌদরে ।।
"মঙোল ওইয়ু" হায়তুনা হয়ে থোর' লোয়নবা ॥
পৃথি লৈপাক লৈম-গুম জীব খিবিক য়োকপদা—
মচা মনাই পুম্মক মীপুম তিংনা লেব'দো
তৌজথরে থোইবীনে মচন মনিং চংহুন। ।।
মতিক মতিক চাবদা তরেৎ লেজা কংলকই
বাহৈ লৈরাং য়েললকই—পেমথরে ময়ামদো।

৫

## চিংখুবা বন্দিদগী থাদোকপা

অরাব হৌথরগা মুংঙাইবন। তাকপতক
মচা নাথ-কবদা খোংলেন চাওব থরমে।
"ইচাগী নাব করে, যুবরাজ চিংখুবা
থাদোকপা তৌরসি।" তানথমে অনিমো।
সনা কোম্মুং কাররক্লে—হংগৎখমে সিংখৌদা—
"ননাও 'বুংঙো হান্দজা' রাজ দতি 'পির্কনি
মপুই য়াইফনবনি। কমি লৈতবদগী
স্থম্বা খোকত হায়বগী 'খোক্লবা থবক্তি।
মৈরিক মচা অমদা পৃথি মাংন-তাক্লবা
খোকয়ে হানক মোইরাংদা। অঙাং থাম্বা অনিমি—"
অস্থুম্বা লেপ্লথরে। খোংলেন' চাওবা মুমথরে।।
নিংথৌ পুক্রিং মুংঙাইয়ে—থক-করে-হায়থক,
মনাও থাদোকদৌবা, থমোই ইপাক অম্না,
মনাও-মনাই অনিগী রাথল চেক্লা অনিবা
অহিং মুংথিন অনিদা ইরোইহুম্না শাজরি।।
মহারাণী শিংহুদা—"লমজা থম উনক
অহাও অথুম পিবিখো থুনা পাংগনকঅা।
থিরবদি নখোইদ তাগনি-কো।" সি-কাওবা
তাকপিথরে মপুনা চাকথরে থবু।।
সিগী মথক অনিদা চিংখুবদি মনাওমু
থাদোকপা তাবে হায়বা অসিনী 'বা হরাওনা,
মহারাণী শিংদো জগোই জোইনা 'শাখরে।
লৈচিন্ থাংদ' অহিংদ থাক আলী মকোয়দা
থঘানমিচাক্লা তানথা, অমিক-থবা নদৌকন

মহারাণী নিংথৌগা মায়োক্‌না য়াতানৈ।
ইংথে সনা কোন্নুংদো নোঙ্‌খেন-হয়াওনৈ।
সনা কোন্নুংহুদগী অচা অথক থিঙ্খি।
অহ্ থুংকোৎত্রিবৈদা—সনা পূকৈ সুংদগী
মনি, য়াইবু থোইরবী. লোইবী লোকচাও অমদা,
সমুদ্র ইরেন-সুং লাইজ নৈথা সুংদগী
অম-মমুদং উবদা কংনবদা তাংলবী,
লোইদাম থাজ অমমক্‌ উবমন্ন্‌ য়েং-ঙমদা,
পৃথিগুম্না লূপ্লবী, মহারাণী ইবেম্মা,
মনাও তরা মরিগা সুপী তরা মঙানি !
নৈরাং লকৃতই থোইরবী নৈরাং খুংলা থল্লবী
ঙারি—লমজা খম্বগী লাইর-শংদা কুম্মক্লে !
লাইর-হোজং য়োবদা থোইবী থম্‌ কোরকই।
খম্ব-থম্‌ থোইবীনে অহুমহুনা খূরম্মে। —
চেংথৈগে পাৎকী লমদমদা কুমগী ইনৌ তাবদা
হপ্পৌ লেংলেং চৎপদা কোরৌ থঙ্গা পাইরবা
ঙাম্‌ কাংঙ তাবগুম, মহারাণী শিংহুগী
চেক্লা ওইবা থরাইনা নাপীগুম্না তোল্লগা
থম্‌ খম্ব অনিগী মজাইবেম্মা থোইবীগী,
প্রেমগী ইনৌ থকথরে। রারি রাতাই শারকই॥
তরেৎ তরা শানরে—মথৈচুদা হায়রকই,—
"কয়া য়ায়া শোকপগে য়েংগে নকী হায়দোকউ"
হায়ক্লিক্লে ময়ায়া। "সনা মিৎয়েং তাবদা
সুংঙাইয়োইদা" হায়হুনা কংগৎচরে থম্‌না॥
থাদোই মানা—"য়েংবিয়ু অজ্ঞা" হায়হুনা
নোংয়াই নমদা কুপইবা চরৈ অহু হাইদোকই।
শোকখিকম-হু উবদা,—নৈনাইরবা মকমদা

অমুক হন্না শোকপগুম ইবেম্মশিং ময়ামদো,
চিংখু নোংখান অনিবু অমুক নৌনা সুংঙাইতে ॥
কোম্মুং লোমদা চিংখুবা,—নিংথৌ সনা য়াথংলো
থাদোকথরে সুমিংতু। সুংজেং লাইজ অতুদা
সনা হকচাং শেংদোক্লে বিষ্ণু হান্না খুরম্মে।
নিংথৌ চোরোন খুরমগ্রে। মহারাণী খুদাদা
খুরম্মুরে চিংখুবা! গো-মুখি তীরথদগী
চেম্হোরকপা গংগা—লাইজ ইরাও খোন-গুম্না,
মপু সনা য়াথংদো—"ওসি সিদি লেংখরো!
কেপে চৈরাপ লেংখংলো, হয়েংদগী হৌদুনা!
লৈপাক্লা য়াত্রবদি করি লৈতে নং ঐদি।—
অশোনবদি মকুনা কুপচবদি নংতনা
লৈচিন্ খেংনা বাংলবা অরিংবদি মউবু
হিংনদেদো পামেন্না—তলা কংই, মাংইদো।
থংউ থংউ ইবুংঙো॥" তাকপিথরে মনাওদা
যুবরাজ য়ানিংই। "খুমন্ মাগী মকমদা
ঐনা লাল্লি মতুংসি নংতবদি তৌরয়োই।"
হায়না যুবরাজনা—বাখল অসি তৌরকপা,
বন্দি ভাব সুমিৎ-তৈ থাদোকপা সুমিৎ কাও'সু,
নয়াম্বই বারক-বা তা-া মিকুপ-তু কাওবনি॥
মবুক কত্ত' মীশিংনা তীরথ্ দর্শন চৎপগুম,
নবুক ওনবা গুমদরে। ইয়োই মকোক্তা তোংবা,
কাওগংলকপদা ঙাইবা হয়িং শিংগুম ঙাইত্রনা
লৈরম্মবোই মতমদো—ঽয়াম্মুংগী মাংদগী
সনখোং কেক য়োরকপা কোম্মুংদগী খোংকাপ-তু
নাম্ব-দি থাংদোয়রক্লে, চিংখু মখোং নাম্বদি
খোং মমুংদা লৈদৌরি। থাংগৎকাৎত্রিঙৈগুদা,

ঙাইরম-ঙাম্লিবা ময়ামদে' চোংশিনৱে পুন্নপা
'শাওব তেংগোল অমন। পাইশিন্দুনা ওয়্থরে
চিংথুবগী মকোক্তা। যুবরাজ মবুক্তা
"চোপ্প হৌনব মথে চোপপ্রে লোইরে কৈদৌনি।
মীচা বারক্সরো" ঐ, কৌথংলগে থোইবীবু,
খাগি খামরন্-অরা-পাইখু-গরা অমদা
থাপ্ন-লোই বু থারগে থম্মরোইদো মোইরাংদা।"
লেপ্লে যুবরাজনা কোন্মু'দগী তম্পাক-য়ুম
ময়ুম হোজং যো-ফাওব লমদম্ অসি চৎপদা॥

---

## লোই-থাব

### ১

মপু লৈতই হৌনবা মীনাই ওইবা লমচংকী
লৈখোক-লৈশিন ত্তৌরমই। লম-ডু ইমোৎ মোংলমই।
সংগায় অহু পুবদা এংখুরাংবী মাদনা,—
মপু ওইব-হুনগা নোশা তাখিবহুগা
সুংঙাইতব অহুগা সুংশুকু-সুংজানবনে,
চিংখুবন য়েংবদা মাগী রাখল অহুগা
থমোই অহু সুংঙাইতে। যুবরাজ চংলকপা
সুমাং মতোন য়ৌবদা তালোয়শিংবু কৌরকই,—
"সংগাই থন্বী 'বেম্মখোই—তালোই লমজিং-শন-শুম্বী।
এংখুরাংবী লৈতরা? ঐ লাকএ হাই, থোরকউ।"
মপুই খোম্কম তাবদা—তালোইশিংদো মঙ-কাওনৈ;
মতু চুংই ময়ামদে, তালোই শিংতু থোরকই।
নবুংঙোবু উবদা পুক্লিং সুংশিরুবনা
মিৎতা পিবু তানরে! মপু কায়নরুবগী
সুংঙাইরুদবহুগী থম্মান মানবী শক-শিংদো
শিঙেন-মরাক চাম্মই। চেক্লা ওয়া চিল ওক্লে,
চিন্দিয়রে পোম্বীগুম। তালোইশিংনা থৌগল্-তৌ
কম্বি সংগাই মাংগোম্দা। সিনি হুনি হায়নরে॥
যুবরাজনা—"ঙাইখো! ঐনা অসুক কুইন-কো,
লাক্লবু-তালোয়-শা! নখোই খ্বাইদগী কেজ্না
সুংশিজরবী ইচাবু! মত্তা-খুংগোইখিবরা?
ইচা উমে কৈদনো?" হংলে থাদোই মচাবু॥
"সুবা ইচা খোইবীদি, মোইরাং চৈরাপ—পুংদগী,

খিচায়দা থাখরে। খংন-খংন করিনো।
হংলকইবা রাসিদে।" হায়না তালোই ময়ামদো,
খুম্ববদি ঙমদরে—মহৈ মহৈ য়েংনরে।
চিংখুবনা—"করিনো। করিদমক খুমাজবা?
খুমদ-য়াদে খুম্মুনে।" হায়না তকুসিল্লকপদি
তালোইশিংদো লেপ ঙমত্রে। নৈঙোই' ওইবা পন্-থদা
লাইজ মানা থে বগুম, খপাল নৈনা শিং-হুদা
মালংবনা ঙাবগুম থম্বান-গুম্বা তঙাংনা
পান মদোম নৌরবী তালোই শিংগী চিম্বান-দো,
নপ্পরম্বা অনি 'নি, লেংনবদি হৌরক্লে॥
পাংন-তুম্ব য়াহিপ্পি চিংখুবগী মশক-তু
ইনবদা পাক-হেক হৌদোকপদি ঙমদরে,
নৈরে অম্নম তৌত্রন। হৌদোকতবা য়াদরে
চিংখুবগী মহাক থং, তালোই লুমজিং ঙম-ওইবী
নোংমাই নংথো মমোয়োই মবুক লুম লাইজ-দি
সমুদর ঙম্নবী লেংত্রিবৈঙদা লেংদবী,
তমথবদা রারবী, লেংখরবা মতমদা!
মপুই মায়থোং য়েংজনা মুজা এপাও মেল্লক্লে,—
"করিরানো ইবুংঙো। নুর ইচা থোইবীদি
লৈখরেনা খুমন্দা।" চিংখুবনা—"হাই। করি।
চেংগং শায়ব-লাইরবা! মঙোন্দবু ইচাবু
পিখি হায়বা নংতোয়ন! থাং পুরকউ! কদায়?
নকক-ককে ঙসিদি!! এ'খুরাংবা ঐহাক্ক
পিখিবা ইচ নত্তে। খুগন মাগী থংবাইবু
নচা' কল্লুই হায়বগী মপাগা মপন পনা।
পিত্রে মরম সিংগী লম্লোং অনি কাংখত্রে
নিংথৌ' থ বিখবনি মোইরাং চৈরাপ লাংদগী।

ইচাইঁ থঙ্গিন পোৎকিন্থ কিজেং 'মত ম্নাঙ্গখিকে।
মপা লৈতে হায়বগী মপু য়াথং তাদনা
করম তৌনা হায়হুনা ঙাইনা লৈজরম্বনি।
নিংথৌগা তোব-ওইব, হুগী 'থোইনা জন্মুহেন্ত্রে।
মমা ওইবী ঐথোইবু 'করি লৈবা ?' হায়বসি
তানবিদে, অসিগী মায়কৈ তন্না থোকমখৈ
মুংঙাইতন্নি ঐথোইদি ইচায়-দমক-কৈদৌনি
মনাও 'বুংঙো য়ৈবিয়ু।" হায়না মুংঙাইতবগী
লাইজ ইথক অহুবু চিংগুম চাওন-উৎলুরে.
মরেপ মপৌ থুম্মখৈ চিংখুবদা নক্সিল্লে॥
চিংখুবা ঙাংকম লৈতে। বাথন তৌরে মবুক্তা—
"সিগী বাথোক ওইরনি কায়দরে শাওরবোই।"
হায়না মবুক কাখরে মশোং উনা লৈরক্লে।
তালোইশিংবু য়েংহুনা—"করেদনা কৈদৌনি,
শিংতোকখরবা তিন্নি হল্লিল্লুবা য়াবরা ?
মপনা, ইচাই তাওজিং পিনরকই কৌরুরে',
চামিন্নগে ইচাগা নোংম কানা অসিদা
লৈগদবস্থ নত্তে।" হায়ন হোংলে বাকমসি॥
ইশি হেক শিসিন্নরে। ময়াম অহু গুরুরে।
ইমুংদা মাংখিবা লিল, পাম্ব নায়ৈ খিবগুম
লৈখি হায়বদি মথ· মশক উখিদবদা,
চিংখু-তালোই শিং অদো কিপ্রে অমুক হেন্নদি॥
"খুংঙা 'মানি করম্নো কৌদবস্থ য়াদেদো।"
তালোইশিংদো তাসৈয়ে—"কৌসি হায়র কদায়নো।"
তানবসি, চিংনব উরে চিংখু-পুনা—
"নুরা ইচা উদবা লোইদাম কুইরে উনিংঙে
থিল্লে কৈদৌরিবগে ?" হায়না কপই চিংখুবা,

মিংঙ-পিমক্ হেক তানা। চিংখু লিংজেন খাম্বদি—
নুংঙাইতবা খম্বনা কপইবনি নুমিৎ-তু
মচিন্দনা অম-হায়, মাহে ভালোই মাপন্দো॥
এংখুরাংবী অহন-না—"চংলু তোম্বী থোইবীদো
কৌরু।" হায়না থারকই। অরুম্বদি মাথনবু
'ম্লাংব-থোংনা পুহুনা চিংখু ভালোই অতোম্বী
মনাই শিংগা লোইননা লাক্লে লাইর শংলোমদা॥
মজাইবেম্মা থোইবীদি—"মঙ নুংঙাইতে ঙসিদি,
ইবুংঙোগা ঐথোই 'নি কায়নৈ হায়না ভৌরমই।"
লৌনরম্ই মঙ-ত্ত "কোক্লনবা ইরুক্‌,"
তাকপিহুনা খম্বনা ইরুজকই থোইবীদো।
নুরা মাগী শয়াংদো লাইজ হুনা চোৎপগি,
পোলাংখোক মচা মচা খরি মঙা থাহুনা.
খম্ব সেম্ব অনিন' হোৎনরম্মি কংনবা।
শমজেং অনি চংহুনা শম্-থোং ভেংবা হোৎনরি॥
মতম অসিমতদা থুংই মমা তোন-হুম্ব।
থম্বান মনা অমদা থোইমু ময়াম ওম্বগুম
কয়া 'মনা পাইবগুম থাংগৎতুনা হাৎলকপা
শয়াং অহু উবদা পুক্লুং হুরি মোইরাংদা॥

২

থুমন মাগী মাঙোন্দা নুরা অহুম লৈবদই
হোজংদগী উরক্লে, মমা তোমা থোইবীবু।—
"ইচাদি ওম্বোক্‌পনি! তিংগংলেদা য়াংগংলে।"
শোম শোম চংলকই। অঙাইবসু থাদোইদো
ময়েং খর তারমই, থুমন মাগী মাথম্‌,
অহিং কয়া চুমদবা লাইকয়জরুবগী॥

থোইবী য়েংথোকখিবদা মমা তোনবু উরুরে ।—
"পলেম সেম্বী ইমাতোন। করি থবকী লাকই ?—
ইবেম্মা ইমা কৈদৌদে !—খুদা সোমদা লেংশিল্লু !"
'সুন্না কৌন থোংনরে। বারি থর শানরে ॥
"মপাবুংনু থাদোক্লে. ইচাই মশক উল্লদি
চারোই-থক-ওই হায়রেদো।—অওইবর' ইমাতোন্ ?
মুংশিবিরি হায়বরা পাবুংনবো ঐহাক-পো ?—
কমা' খংনি ইবেম্মা ?—থাজদেদা ইমাতোন !
কনি ঐহাক লাকচগে। হৌজিক মক্তি কো ঃ-হেক্লে
হুন্দোকপদি য়াম্রিদে'। নয়া নাব কৎতরি।
তাঙা অমা য়েংজগে 'তুগা ঐনে লাকচগে ॥
নিংঙোন পান্দ ওইক্লেদো হুনা ইনিং তৌগুমল্লে।
হংপংপিনু পাবুংদা শাওদনবা ইমানা ॥—
হোয়নে 'বেম্মা অহুবু কয়া য় ম্না শোকপগে ?—
হংবিহুনা কৈদৌনি, হায়জনিংদে ইমাতোন !!—
ইমা 'মুক্তা য়েংগেবা ?—ইমাতোন চংবা য়াদে।—
ইরেম্মা করিগীনো ?—নহাম করদনি,
সুম্না তৌবসিনমে কংল্লবদি ইমাতোন।
হোয়েন ইমা উংগা, খুয়মগে হায়নি অমুক।
মী লাকুপ সিদনেদো খুরুম্নসি মক্তনা,
নৌনা তাইসিন্নরকপা উন্সা অদো অমুক-হেক
কায়নে ইমা ইবেম্মা—অসিনমে বাপ্লেনে।—
হুন্ই ইমায় ইবেম্মা, হুদি ইমা য়েংলরোই।
চঙ্গমরোই ইমাদি—থোইবী ইমা চৎলগে,
খুমন চহু চৎলগে "—হায়রে, মতম অসিদা
থবাম মানবী থাদোইদো চংল্লে খুমন নাক-তুদা ॥
মতম কমা কুইবসি তম্পাক মুমগী মী অমা

মখোং তাদে থুমন দা চৎনদেদো চেংগৈ য়োম ।
চিংখুবনা উরগা শাওনি য়ৈনি হায়বগি ।
ছুবু ঙসি সুমিৎতা চিংখুবগী থরাইনি,
মমাতোম্না লাকপ-হু উরুবদা খংনখি—
"করিগুম্বা অমাদি লৈরহ্নুনা লাকপনি ।"
ম্বমা খম্ব, থোইবীনে মনাই সেন্থু—অহম-দি ।
থোইবী মাবু উবদা থুনন মানা—"ইবেম্মা !
কনাগুম্বা লাকপগে ?—ইমাতোম্মি ইবুংঙো ।—
থুরমগেদনা 'হুদে ?—তৌবিগম্থু । পাবুংনা
ঐবু কৌরু হায়মাইনে ।—কারুদনা অহুগা ।—
হাইমা করি য়ানোদা ! পংাবখরেদো কৈনো !—
করি তৌই হায়বগে ?—করি য়ানো ইবুংঙো !
চান্দ' অচান' শাহুনা কৌরিবনি, উত্ররবো ?
থোকইবসি কাওরব্রা ? ঐনা হান্দক লাকপবু,
অওং-অউন্ তমহুনা লাকপ-নস্তে ইবুংঙো !
সোয় উ-পাংগল ওইহনা, নিংথৌ-ইমান-নোংথোম্বা,
ময়াম সিনা থোংজোন ওই, বিচারগী থোংজিল-গুই,
লাকইবনি ইবুংঙো । করি ওইগদগেনে,
চৎলবদি হৌজিকপু পম্থৌ মাগী মনাক্তা ! !—
নংনা ঐগীদমকনি হায়ববু লেপ্লবদি
চৎলু করি দৌবগে, য়োংকৌ পল্লোন তম্নেৎনা
লোম্দুনম্থু থমসম্থু 'হুগী করি কিরুরি !!—
লাকপবুদি লাকনি, সুংঙাইবরদো হুদে !!—
চুমই ইবেম্মা ঙবু লেংউ লেংউ চৎলুদা,
চৎপনা য়াম্না চুমই ।" হায়রে থুমল-লমজানা ।
"করে 'বুংঙো হুদি নম্না থংবু লৈরবদি,
মনাও চৎচরুবিগে ।" হায়না থোইবী থোয়রক্লে ॥

মমাভোম্না—"ইবেম্মা ! ইবুংঙোনম্থ চৎলু,
হায়রবদি চৎলুসি—ইমাভোন !"— হায়রম্লগা
খম্ব, রোমদা কৌরকই।—"ইনমা ! হৈনা সোমদ,
সিনা সিদা লৈরেসে।" হায়না থোইবী ভাকচরে ।।
নিঙোন লম্নাই চাওবীগী সিন্নরম্মে মরল্, ।
সেম্থ লৈহো হায়বদা—"কত্তে পুখো" হায়নরে।
মবুংঙোদা চংহুনা—"চৎলুখিগে" হায়হুনা
থোইবী মথং খম্ববু খুরম্লম্মে ইবেম্মা।
থোইবী সেম্থ অনিনা অঙ' ওইনা মাংদ-খা,
মমাভোনগা খম্ব,গা মুরা মতিক নৎতনা
লমজা অহন শাহুনা খাবাং তুংদা চৎতুনা,
হোজং লোমদা থোরকই,—থাদোই মাদি পাম্থোইবী,
খোয়ুম মাগী ছাইওম্নি। কোরৌ মঙান ফবী-নি।
সেম্থ লাইগী মচানি থাদোই মাগী ছাইওন্দা
তেংবাংপেদি লাকপনি। মাগী যুগনা ওইবগী
সুংখিন থোকপ থাজগুম নুরা মঙান রাৎপনি ।।
চিংখু-তালোই অতোম্বী খোয়ুম মানা শেম্বনি,
থোইবী নাতৈ ওইনবা পোকউবনি মোইরাংদা।
হম্নি পানুব-থাজগুম মায়হিং কাদরিবী-নি।
খুমন্ চম্থ খম্ব,দি অশংবদি অতিম্না
লৈচিন মুনা থাংবদা লৈচিল লক্কই থোরকপী
মায়থোং থাজ ঙুম্বী-নি। মুক্তা অমা (যংবদা
[illegible]মদবী চাক্তি[illegible]। [illegible]পাক অমদা
অশংবদি অঙাংব সনাই থরে' থম্বাম্না
[illegible]মনা শাংপগুম মুক্তা মতি অদুনা,
[illegible] পাংকী প[illegible]য়াইদ খুমন থরাই পোংজিলা,
[illegible]চান ছাম্না উরক্লে। কু বরগী পুংগ্রদা

সনাই থম্বো থম্বাম্না মচু মথল মথানা
শাংচবদি কাম্নদ্রে মুক্তা মরি অহনা
য়াম্না থিনা হেনখরে। মোইরাং অচৎ অওক্পা
উরকপদা মায়কৈদো চুম্থাও মথোন থানখরে ॥
মুক্তা মরি অহুবু ওমখিদরে য়েংনবা ॥
হোজং লান্থোরকপদা—"চংবি হৌরো ইনমা।
থাদোকপিম্ম।" হায়রমই। "লেংও লেংও!" হায়জরে।
থোইবী সেম্ন মমাতোন মুক্তা অহুম কাখরে ॥
মজাই-বেম্মা উবদা, লাইজ ইখৌ লাংবগুম
কম্কম্ লাংদৈ চিংথুবা—"ইবেম্ম! লাক্লবম্মা?"
থাদোই মপায় সংগাইগী দারি মাঙ্গোন কান্দ্রিদৈ
কৌবিরমই থোইবীবু।—"ইপাই বুংঙো লাকচরে!
সনা হকচাং থোইদোকপা!—'বেম্মা! ইপা কৈদৌদে।"
থোইবী মপা থুরমই। মাহু থর হংনরে ॥
"ইপা হৈ পুরকপনি চাক্ল ইবেম্মা!" হায়বিরে।
"কনি পঙ্খৌ" হায়হুনা থোইবী ইমুং চংখরে।
হৈহু চান্দ্রে খোইবীদো—মথংলেনগী পুরগে,
নিংলহুনা থমখরে। হৈ চারুবা শাসিন্নি।
চিংথুবদি উহৌরে—চাদে হায়বা থংহৌই।
থোইবী তম্না থোরক্লে -"ইপাই-বেম্মা! হাওবরা?—
ইপাইবুংঙো হাওখরে। স্বাই-স্বাই হেক লাওই হাওদ্রে!—
হাওরিগনি ইবেমা!—পঙ্খৌ করি হৈনোনে?—
লৈম্নুং থম্নুং হৈ-কৌই। হাওদ্রবনি ইবেম্মা!—
পঙ্খৌ হাবিরবরা?—ইপাস্থ থর চারে"
বাসি থর ঙাংনরে। "ইপাই 'চা রা-তানগে—
মমাশিং চংথোকউ" হায়—মমাশিংহু চংথোকদ্রে।
সেম্নু মমাং থোং লোমদা লৈসিন থরে মাংগোন্দা ॥

চিংখুবনা "ইবেম্মা ! ইপা বা হায়গে লাও" হায়।
থোয়ুম মাগী ছাই-ওন্দি থাদোই লাইবু থোইবীনি।
মপোক খংবি থোইবীনি মনিং তৌবি মচানি।
চিংখুবদি মপানা মথংলেনগী কাহুদা
হান্না উরে মঙোন্দা. য়েৎকদোরে হায়বদু ॥
পম্মৌ খুদা মমাংদা—শিঙেন থম্বান নদৌগুম
মালংবনা য়ৈবদা খেঙোং থাদা হাংথগুম,
খুরু খুদক কুন্দুনা, মখুৎ লৈরেন মাল্লবী
খুবাং অনি অহুগা খুৎশা তরা অহুগা,
মালেম খঙ্কা নমহুনা—"সনা য়াথং" হায়হুনা,
হংলম্নগা মপাদা, পম্মৌ য়াথং ঙাইরুরে
তাংজ লৈদা লুক্কনা ॥ চিংখুবনা "ইবেম্মা !
হান্দক বন্দি তাবদো নংউরেদো ইপাদি।
নপন নিংথৌ নদৌর', তুলা তম্মা-পিজেদো।
তুম্ব-য়াদে হিপ্তেদো কমহুনদা লেপ্লিদে ॥
নহোয় কনা অমতা তুবৎ-চৎলখিদরে।
নপু-নবেন্না পোকপদই থেংনদ্রি সুক-রাবদি।
সুম্বা মতম অসিদা—মোইরাং লৈপাক অসিদা,—
শাগৈ জাৎ-তা মশক-তা মরন মথুম লৈ খিবিক,
ইরাং রাংখিদবরা অমতংনা ইপাবু
তৌখিববু ইবেম্মা ! নপা ঐগী সেথানে
অপোকপনা তৌবিরোই। ইপাই বন্দি মকমদা
কঙ্গোইদো মফাক্লা। মতম হুদা ইপানা
ঙাহাক ঙাহাক পোৎথাজৈ—মপান ইপান থোকচৈদো।
সনা লুপা করিনো পিগদরা মঙোন্দা,
থম্লকপদা লৈতরে মানা তৌব' মহেনজ্রে।
করিনা মতিক চানি হায়ন ইপা খনবদা—

ইচা মুপী পোকইকো ! ইচানা মাই সেবাহ্
তৌরবদি কম্দোই ? মাগী লমন কোকত্রা ?
মপা মমা তোনবদি লমম শিংনৈ মচানা,
হৌনবনি খন্দুনা লেপই ইপাক্ত রাখন্দা,
নংবু থাজরম্মেনে ! কুইত্রে হয়েং মুমিৎ কৈ !
শন্-নাইদগী নংননে, হেক পাম্ব মথৈ থল্লো ।।—
ইপাইবুংঙো কয়ুমনো ? —অঙোম নিনে ইবেম্মা !—
য়ায়া করে কৈদোগে, পম্মো রাবিরগমু !”
হায়রে মজা ইবেম্মা । হরাওরদা চিংখুবা,—
“মঙ ওইরবদিকো নে” হায়বা অরা বত্নুদা
মঙ ওইমুক রাই-শংত্রে । “ইপাই 'বেম্মা ইপান
পোকচবনি দকো হাঃ ?—কৈনো পম্মো ইবুংঙো !
অপোকপনা কনানো, পোক্তবনা কনানো ?
করি রাবিরুবগে । ইপল ইবুংঙো অমা,—
পম্মো থোগন তোবদা—এৎথাং ওইথাং শুরেদো ।
নমাক অনি শুনবা, অক্সানি নচাই-নচা ।
পিশক পিক্ল য়োক্লক্লে—মানা করি হায়গনি ।
পিরম্মবদি 'হু ঙাইরে—ঐনা য়ান'-ঙাংননি
রাবিরুমু সেন্নুই-দি ।” হায়রে । রাসি তাবদা
চিংখুব মকোক ঙাওরে—“করি রানো ইবেম্মা ?
মথক মথা ওম্নরে । সেন্নু হায়বদি কৈনো ?—
পিরম্মে হায়বিবদায়নে ? ঐদি চৎচরগে ।”
হ।য়না থোইবী মপ বু তত্মু ম·হেক্তা খুরমই ।
ভিংখুবদো লোইখরে—থোইবী মচা য়েংহনা—
“দৎ-করি ! করি হায়ে । উশিৎতরা নং-ঐবু ?
নংনা সেন্নু হায়বদে ? নংবু নিনে ?—ঐহাকপো ?—
নৎত্তবর্দ । কনা লৈ ।—পাবুং মাহ্ ওমরে ।

করি ওয়জরুনি ?—করি ওয়দদগে ।—
পাবুংথোইনা তাকপিবা মং অনি সুরবদি
সুপী ওইবা মপোক্তি মহা পাপ-নি হায়বিথি ।
হায়া হায়বা লৌগত্রা কোয়া ভাংবা লৌগত্রা ?—
নংবু 'থোইনা কনাদা থাজখিবা লৈতরি ।—
কাক্তা লমজেল থোইবদা, ইকোপ কাওয়েন কাবদা,
মনা ওইনা পিবিখি ।—হান্দক শামুথোংদমু
চৈরাপতগী নিংথৌনা পাবুং থোইনা পিবি হায় ।
খুমন ময়ুম নাক্তুদা তয়া লুখাক চাহুনা
য়াংগৌইরুয়ে লাইর-শং । পাবুং চুম্মোইদমাল্লে ।—
লৈত্তকদে লৈয়ুকো ।—ইপাইবুংঙো করিনো !
য়ারৌ-য়াওসবী-সবী, সবী মক্তি নত্তেনা,
সবী মাগী লমচৎপু নচা ঐনা চংকত্রা ?
সবীদনা থা খুদিং ময়ুম তোয়না হোংবনি ।
ঐদি পনবু পন্নিংদে অঙোম নোংবান হায়-দি
মমিং হুদা তাবদা—তরেৎনি চক্ষম্ হল্লি ।
চুপী কৌবিরি বোইরে ?—মানি 'চুই দমক্তনি ।—
চৎলে—তিঙ্গুম খনাংই । নোয়োক তাব ওমজয়োই ।
অনাবমু কৎতরি । সনা য়াথং ওইবগী
লাকচবনি ঐহাক্তি । ইপা ইপল অনিগী
য়াথং ইম চৎপনি । পংহং হংগৎলে হায়না,
বারৌবিমু অপোকপা !—য়েগে থোইবী !—করয়া ?—
কেপে মোইরাং অসিদা থোইবী নংবু য়েবদা
খিংলগনি কনানা চিংথু ঐগী খুৎ-তগী !—
ঐবু য়েবা চুম্মরোই—মৌনাই য়েরুরবদি
শাওরুনি মপুনা—মৌদি পোৎতুম পুনিদো ।
ঐদি চৈকম পু'না চৎচরুগদবোইরে"—হায় ।

লৈত্রেম লাংওন চংখোনবী, য়াংন-পাল্লি ইয়াংলোম,
খোয়ন-পাল্লি থোইবী-নি, ঙাংঙোই মজা ইবেম্মা,
মপোক মপোক ওন্দুনা লাক্লবনি মোইরাংদা ;
থংলেন মস্থং লাংগীনি নিংব-থুংগে খন্দুনা,
য়াঙকাদ-য়েংলকগা মপাবুংবু শাওখরে।
অয়ম্-অঙান অনিনা কুপ্লে নূরাই থমোইদা।।
খর ঙাঙঙ-ভোক-তরে ভাইবং মপোক কাওখরে।—
"শামু খোংদা ঐবুস্থ য়েংপিখিগে হায়বরা ?
ঙম্বিরোইদো ঐবুদি। মতম হেল্লে হৌজিক্তি
ঐগী মীচং য়ামখরে। ইপন নিংথৌ লৈরেদো।
চাওব-থোংলেন লৈরেদো লমজা খম্ব-য়ু'ওরনি।"
হায়রম্মগা থোইবী দো থৌগল-লোনগী থৌরী-দো,
কাম্থোক্তুনা, ফুক্-লাওনা হৌগৎতুনা থোকখরে।।
চিংখুবস্থ লোইখরে—থোইবী মাস্থ থৈখরে।
সংগাই মথোক অমতং চিংখুবনা খুন্দুনা
লংখিববু—হুৎ-লাওনা ; মচাদদি পাল্লুত্রে,
মমাং-থোংদা গো-রোং-গ্রাং পাল্লে থোইবীদি থোকত্রে
সংগাই মথোক অতুনা—থোংদা হেক পান্‌বহুদা,
থোইবী হুৎ-হজিখরে,—তুথকরে মাংগোন্দা।
সেম্নু য়েংনা থোইবীনা—"সেম্নু। কপউ কৈদোম্নি ?—
করি হায়না ইবেম্মা।—শিরবনিনে ঐ সে!
ঐ শিরে হায়না কপউ।—কপকে হায়বু য়াদেনে ?—
কপ্লিংদরস্থ কপউ। ঙসিদি ইমুংসি ঐ,
লোইনা পুম তুম-তুঙ্গনগে। কপউন-হাই। য়াক্সবী ?"
হায়রে ; মপুই য়াথংনা কপ্লিংদনা কপ্লকল্লে।
থোয়ুধ ছাইওন ফরবী সেম্নু মানা—"ইবেম্মা!
ঙসি কোয়ৌ অসিদা চিংউ নোংদম থিখরে!

করি লৈতবা সংগাই মখোক সিনা পান্নুনা.
মাংলবোইকো য়াইবীদো। হৌজিক্তু পাক্নুপায়েক,
বা-ঙাংনরম্ব-অদো। ইবেম্মগী জীব-দি,
নহোয় মঙা হল্লকখো। লাকপিরয়োই হায়রগা
লৌবিরয়ো ঐবুস্থ। কো। ইবেম্মা ইবেম্ম ।।"
লাওরে সেম্মু লৈ-মখৈ, খোঞ্জেল য়াংন — থাজুন্না ।।
"মীওইবনা ল।ইশিংবু মীচং মিথাই না। দবা
লাইগী য়ায়েল মহায়নৈ। লাইগী য়ায়েল অসিমা?
বিধাতানা সেম্বদা খেম্ন খেম্ন ক'রগী
শেম্মিবনো মীশিংবু! কনা 'মগী য়াশিন্না
কপ্প-কাওবা মুংশিদে, মানা কৈদৌরস্থ,
মাবু ইন্নুং মুংশিদে, কনা ঙাংই তানিংদে ।।
কনা অমই য়াশিনা তৌরি মখৈ মপক্-চৈ
ঙাংই মখৈ মন্নুংশি। মাশি লাইনা শেম্বনি ।।
লাইনা শেম্ব — নত্রগা সুক্ষাংনবা কয়ম্বা
হিদাক মন্ত্র অমবু শিজিন্নবা লৈবরা?
হান্দক থোইরাং অসিদা সেম্মু হায়বি মুপী সি
খোয়ুম মানা শেম্বদা চংখোম্নবু শেম্মাল্লে।
তম্পাক য়ুমগী পুম্নমক স্তপই মানা লোইনবা।
মানা কস্তে হায়বদো কখিবদি লৈতরি।
মাগা য়াত্তানবদা মানা লোইব য়া হুনা
তম্পাক য়ুমগী য়ারেপ নি। নূরা ওইবী মহাক্তি,
নাইজ-হনবা হায়রিবা তম্পাকয়ুমগী মপীদে;
অঙাংগুম্না শিজিন্নৈ। থাজনত্রে সেম্মুবু।"
স্বয়া হায়নৈ থোইরাংনা—চুমস্থ ইচুম চুম্বনি ।।
লৈঙোই সেক্তা মথক্তা চেপ্প চেপ্প য়েংলগা
কোয়ৌ মাপী মঙাল্দা মিংশেন গুম্ন লংবগুম

মকুপ মকুপ ঙার-উই। য়েংদ য়েংনকুরগা
থোইবাং মুপী পুম্ব-শি চোংগাং' শাব লৈগুমই,
থোইবী খম্ব্ সেন্নুনা শিংঙেন তোপ্পা চোংথোকই ॥
সেন্নু মাবু য়েংবগী কিব লৈতে থো•বীমু।
থোমুম লাইপোক ওইবীনি' খংজে থোইবী পুক্লিংদা।
থোইবী মামু লাইমক্লি অমুম্নদি ওইবনু,
খাদোই মাদি ভাইবংদা এংখুরাংবী মবুক্তা
পোকখিবনা পুন্নুনা, ছাই-ওন্ মথাং ওইখরে।
সেন্নু হায়বি অসিদি ইশেং শেংবা লাইমক্তী
হকচাং অন্ন খাদোক্লি। সেন্নু মাগী মগুন্দি
অপংবনা য়েংলগা, ইপং-পংনা অন্নমই।
য়াশি লৈদ-মহায়নৈ মানা ঙাংর তানিংই ॥
ইশম্-শম্ন হায়রগা লাইন-য়েংগে লাইনা-উই
লুন-য়েংগে লুন উই। খাংজিং মানা য়েংবদি—
"সোয়ারেনগী মচানি, মচেম তরুক লৈরিবী
ইভোন ভোনবী মনাওদো নুরা মানি।" মুম্না-উই।
চিংখুবগী ইমুংন্ন সেন্নু কৌবী মহাক্না
অহিং ওইহনগে মনিং—মুংথিল শেমগে মখানি ॥
খ্, থ, সুম্ন অনিদা হৌরন্নুনা সেন্নুনা
লাইগী খৌনাও অন্নদা কপ্লকপ-ন্ন তাবদা,
অমম্বনা কুপখরে চিংখুবগী ভমপাক-মুম ॥
মাই-লাওই যুবরাজ। মবা মাপন তারক্লে'
সেলৌ-এংখুরাংবীনা—"ইনাওশা! করিনো-হাই।
মপা মচা অনিদি পারম মলোম লৈনরি।
গোরোং লাওখি ইনাওশা। ভোম্বী! কৈদৌরবনো?"
হায়রম্নগা মমাদো থোইবী পোকপী চেম্নোকপ্রে'
মজাইবেম্বা থোইবীদো লৈরা' খম্বান মথোক্তি

তেক্লহনা লৈপাক্তা তাখওয়া হুরক্নে।
মচাই মতো উবদা শাখত্তুনা মমাকো
হুরে মচাইমনাক্তা—মাঙ্খরে চাননা॥
অনি অচু উনদা সেম্বু মথো সংলক্রে।
হায়দি তাং তৌরমই মচাই প্রেমগী কাপ্রবী
মমাই মতো অহুবু উরুবদই সেম্বুদো
থবোই মাওনা কপখরে মীকপ অচু হোংলকই।
লাইগী তেংথা শৈশকতে মিকপ তুদা কাওরক্লে।
মুরাই তেংথা খোন হুদি মী মাগীদি থমখরো
খোমুম থাংজিং কাওববু পুমওক উকলে মুখিত্তো;
"নমা-নচা ডাইরমখো, ননাই সেম্বু লাকচরে।
ইমাই 'বেম্মা কৈদৌরে—ননাই লাইবক থিরবী!
ননাই সেম্বু লমজাবু কনা য়োকপিগদগে!
মজাইবেম্মা! সেম্বুবু, কনা য়ে না—লৈখিনি॥
ঐদি মাঙেঙ।" হায়রহনা তিম্ব্রোক মাংদো চোংবগুম
থরো থরো ওনখরে। নোং-খোংবগুম সেম্বু কং
মমা নিপান কপ্লক্লে। চিংখুবগী সংগাইদো,
মশা পাক্লে চেক্লা-গুম পাইগদৌরে নিকখরে॥
লাই অনিগী তাং-তুদা উকপ্রে চিংখু মমুখরে,—
"শিদ-শিরবরা!" হায়না শাওনিংবোই অরি ওই।
হৌগত্তুনা -"চংথোকউ। মী ওমগনু! চুম-শাই
চগদে-অচাই খুজেং! উকায় দদি লকুদা,
পান্দুনা ওাক হেক তোকই! পান্দসনু হুনবলি,
কদায়দা পাল্-হিক-উবা!" তাওহনা চংলকই।
থোইবীনা -"হে থাংজিং-লাই! ঐগী সোরকাবিখো,
ইশা-সি ইংহনবিয়ু! খুরাদা, মিহুল্-য়েংবা,
হুকচগন্‌বা ঐগী চোংশনবদো কাবিয়ু।"

হায়রে থাংজিং খুরম্মে। মচাই-নাক্তা চিংখুবা,
লেপই য়েংই—"ইচাদি। মৌশী মক্তি কজেদা!"
হায়না থাঙাং সি-হৌই। চিংখুবস্থ মথংই।
ঐবু থাহনুগে হায়না মতাং তৌবা ওইরিব্রা।
নোকুহনুগে।" হায়রা থল্লি। ইহাম হানব-মত্তদা,
তিক্তি হথনে লেংলম্মে। পুক্কোপ্পচিংবহুদা
শাহহুনা য়েংচকপ-কাও, সুকলেং লেংত্রে থোইবীদো।
থাংজিং লাইনা কুপ্ত্না কাওত্রে ভুকচবহু॥
মশামপা ইং-ইং-লাও। সোর য়েংই কাথরে॥
চিংখুবদো থাই-লাওই। পুম্মম্ মমত্রে থনুবদা॥
মওম মওন থনথরে। থোইবীনা—"হে থাংজিং-ও!
নংনা পাথুং লৈতোন্দা তোংউ। "খুমন মমুমদা,
থিনগে থোইবী।" হায়বদি, হায়হল্লু অমুক্তদি।
হৌপত্নুনা চেনথিগে।" হায়না থাংজিং খুরমই।
থোরুম মাবা তেংবাংত্রে—চিংখুবনা—"ইবেম্মা!
ইচায় থবাই মঙামকু! কাঞ্জিন্-কোয়া কদায়দা
পাং-থি কোমথি লন্দমদা—চংত্রবগে হল্লক-ও।
তংজিংখোম্বী-হিংনিং চান্। হিংলক ও! ইপা লাক্লে!
থর্ক চেনবীনি হায়বা ইপা থংগে ইবেম্মা!
অতোম্ব-লৈবু হায়বা, পল্লবোইদো ইচিন্দা।
খুমন্ নাক মৌজরো॥" হায়রে থবাই শোক্কমকু॥
থোইবীদো থিংজং লেংই। চিংখুবদো ঙাওরিদো—
"হন্নোকঙ্ক হাই। মমাশা। থবাই হল্লকমাক্লে।
ইচা অমুক কৌথিগে,—ইমোম 'বেম্মা হল্লকও।
খুমন নাক মৌজরো, অতোম চংজু হায়রবোই।"
অমুক হন্না কৌরক্লে। এংখুরাংবী মমাদি,
নুরা মতৌ উবদা কণককলিস্থ থংথিক্লে।

ভিংদম্, মচা য়েংহুনা অঙাওবীগুম লৈথরে।
শিদ-শিরুরবগুম থোইবী তপ্ন হোৌগথলে।
মাঙ্গু লান্‌-স্থু ঙাংঙমদে ইরেন অহুম থোকখরে।
সুমাং ময়াই য়োবদা হন্না য়েংই সেন্দুনা—
"লাকও সেন্থু কৈদৌরি। 'নাব-চাকু ইন্নমবি!'
হায়না কৌই, থোকখরে॥ থোইবী মতৌ উবনা
চিংখুবনা শাওথিবা—চারু' মৈগী মথক্তা
থি-হৈবগুম থোকখরে। লৈব ঙমক্কে চিংখুবা!
থোইবী হন্দোক্লমহুনা এংথুরাংবী য়েংলক্লে—
"লংমাই-চন্থু তারবা! অঙোম কাদ-হায়রপা,
লৈসৌ' চার-কাও লেংদ্রা! খুমন মাক্ত হায়র'মি
শিরবস্থ হিংলকপা! য়েংউ নচা মুপীনে!
কবে লোইদ থারগে, সেম্বী লোইদা শিরগে।"
হায়না চিংখুবা মানা তালোয় কাদ ঙংলক্লে॥
নগোম লো চারগা ইরোই মুরে চিংখুবা!
শাওথিবনা সংগাইদো থকু-থকু নিক্লে মৈ হোৌরে॥
থোইবী পোকপী চোংথক্রে, কারে সুমাং মতোন্দাই,
পুসিনথরে থোইবীবু নুরা নিংঙোন কা হুদা॥—
"ইমায়-'বেম্মা ইমাদি মাংলে থোইবী কবম লো!
নুরা লৌশিং চাওবীনি মাথন ভোলে নহাক পো!
অঙোম হায়বা অসিদা পাবুং মাথং ইন্নুখো।
মাংলেন 'মত ওইরবস্থ মাংগোইরুনে নহাকপো।
তরা থোংবা মতমদা মৈন্থং মৈবা নক্কন্নু।
অহুম তৌই হায়হুনা বাহৈ 'মতং ঙাংবদা
লাকউ ওঃক ইমানা থোইবী নংবু কৈদৌনে।
ইমা' হায়বা ইন্নুবা। মপা মমা হায়বলে
মচা ওইবী নংমীদি লায়নি হায়দো ইবেম্মা॥

য়াদ্রি তাবী ইচানি থোইবী নংবু অক্রবো।"
সুন্না থাদোই কা-হুদ কপ্প কপ্প হায়রক্লে
মমা এংখুন্নাখোৎলা। থাদোই ইখুম খুমখিল্লে॥
চিংখুবনা অসোমদা মমা অতৈ অহুবু
সুম্-শানখৈনশিন্নরে। মমাতোমা—"ইয়ুংঙো।
নিংথোল পোকপা হায়বসে হৌনৈ 'মুক্তা তাইখিবো।
ঐখোই খাইনা ইচাবু থেমগে তাংনজখিগে।"
চিংখুবনা—"হৌ ফকমক, খিল্লে অহু নংত্রবদি
করো লোইদা থায়নি॥" মৈ চাকপগুম লাওয়রক্লে।
মমা তোম্দো চংলক্লে - সুন্না থাগী কা-হুদা।
মচা সুংশিন্নবদগী মিংতো পিবু তাহনা—
"ইমায় 'বেম্মা চুংশিবী! ইমাখোইদি-থাজেৎনদো।
করো লোইদা থাববু করম হায়না য়েংসিগে।
পম্থো সুংখাইতববু কোক্কুখনি কৈদোগে।
কোয়ৌ নোংম-কাত্র'স্তু পুং 'মত ওইরবস্থু
ইমোম থোংদাক্রগবা ইমোম ফবেম্মা নংবো।"
হায়রগা থোইবী থেম্লক্লে। থনুং মৈগুম শানদি
মমাতোম্দো কপখরে থোইবী সুকখুম খুমদরে।
সেম্মুমকস্থু—"করম্মো সুন্না 'তসবু কয়ম্মা,
সেম্মী লোইদ-থাগনি।" খল্লুবদা মম্খরে॥
"অঙোম ময়ুম নাক হুদা নোংমত'বু চৎপনা
করগত্রা অহুনা।" অসি কাওবা খল্লক্লে॥
নাইজ হন্‌বা চংলকই -"মজাইবেম্মা তোগনু!
পাবুং সনা য়াথংসি মিকুপ 'মত ইল্লুখো।
অঙোম য়ুমদা চংগনু হোজংদগী কল্লপ্পি।"
হায়না থেমই থোইবীবু॥ থাদোই মাদি লোইখরে
খনুগদবা খন্নুনা ময়াম অহু য়েংঙক্লে—

"পলেম ইবেম্মা ময়াম—ইপু নহোয় খাই-শিনা,
ঐগী পাপ-সি পুগেরা। কবোলোইদা থাবিরে।
হুনা থোইনা পায়মজরে।" হায়দোরক্রে থোইবীদো॥
বানথরে ময়ামদো। মতম কয়া থেম্বদা
কপ্প কপ্প হায়বদা য়াখিদরে থোইবীনা।
য়ারবোইদৌ উবদা হংগৎতবা য়াদরে।
নাইজহনবা চংহনা চিংখুবদা হংগৎলে।
"হৌজিকুমক থিল্লে থারো" য়াথং পিরে চিংখুবা॥
"চাক চারগা চৎলনি" হায়না ভরা থোংখরে।
মপা মচা খৎনবা অহুই কাংলক ওইহনা
মৈরক সিদা বাখিবা চিংখুবা ভালোই মাপল,
ভাম্পাক য়ুমগী মনাইশিং চরম্ মালম কংথরে।
চিম্বাল লাম্বা ফংনদে, ংশা সান্ মপ্পরে॥
থোইবী ভরা থোংলিঙৈ চৈরক সিদা থুংওরে,
খুমল-লাইর শংহুদা —লাওম কাইরে— থোইবীদো।
নুরা শক ছু উবদা মচিন মৌপুরা ওকই।
রাঙাংবা ওমদে হংদে, সংত্রিক য়েংই থোইবীবু।
কৌস্থ কৌদে খম্বনা। থাদোই মানা—"ইনম্মা!
লোইদা-চৎপ তাবেদো। ঐনা আ সাই হায়জখো॥
সুংশিদনা সুংশি শা কৌবনিনে পাবুংনা।
ইবুংঙো পাম্মু সেবা ভৌজরখিগে কো ঐ!
নোংম-নিনি ননাওবু চৎচরুখি'কো" হায়না,
নোংয়াই মখোং কোন্দুনা নোংখোংবগুম কপথরে॥
অতৈ করি খুম্মদে "ইবেম্মা!" হায়রবদি
নংই লমজা খম্বদো। থাদোই মাগী, সুংশিগী
লাইজ ইরৈ অংনা, খংহৌদনা লাক্লনা,
ইবম পিকপা উভোংবু কুনখিবগুম লাইজনা

থুমন থৌরী কুলথরে। থোইবী মাবু য়েংলগা
থোইবী মাগুম লুমবা থথোই অদো লেংলক্লে।
মিংত পি-বু তারক্লে—কপ্লে খম্ব থুমিংতো॥
খম্ব্ লৈবা ওমথিক্লে। বজ্র কুণ্ডই লৈরাংগুম
চারে খম্ব্ই হকচাংদো, মনিং মমাং কক্লবা
তিম্ভ্রাক নদো চোংথরে।—"ইবেম্মা ঐস্থ চৎকে"—
হায়রকই খম্ব্ মানা।—"কম্রি বানো ইনম্মা!
কদায়দগী য়াদগে।—ইবেম্মা ঐদি ইনগে।—
কম্রি বানো ইবুংঙো! ননাও অহ্ন ওইরবদি
কম্রি বাজরুগনি। মাঙা ইদোম চৎলগে।
মোশা কোক্লনবনি। শাম্ থোংদা য়েৎপদি,
ননাও লমন শিংববু ওইজগেকো ইবুংঙো!"
হায়না থোইবী কপ্লুরে। পলেম মাগী মথোংদা
তুম্রিরৈ লৈরাং মানা তৎথদনা তাবগুম
তারে মজা'বেম্মা থুমন পামেন নাক-ছুদা॥
মায় মরোন তশেংনা হাম্রি মানবী মপাও-থোন,
থংলেন কাদ থেক্লক্লে—"ঐদি ওসি চৎলগে,
তাইথিরম্ভু লমথাংদা ননাও' থংলেন থিনবিয়ু।
থুয়োন-তেবী-তেসবা, কাইরৈ এন-ম শোক্লগা
কাটরৈ মাবু শিন বা; তেকপী ওয়-শোক্লগা
ওক্ক-লেন্ মাবু শিন-বা, থুয়োন বাপুংহুদগী
বা অমতং য়ান্দুনা পিথিয়ুকো ননাওদা।
থংলেন নহুৎশিন্দুনা ননাও লখী চিংনগে।
অথেনবয়ু হংনগে অনানবদি তায়গে।
থুংনয়োইদ-লৈর'দি সিদা এানবু খাংহুনা,
লৈরবদা, ননাওস্থ—কথোলোইদা য়োয়রোই।
ননাওহু 'হুম মাংলগে। হক্ষেং মপোক অমমা

মাঙ কাদ-থুংজগে। ইনম-না পাওসিনু
হান্দোকপিনু নচন্দা। পাওসি হন্দোক্লরবা
মাঙ শিদে হায়বসি থংজরগে নমাও-না।"
অরাবনা হেক্তিনগ্রে কপ্লদরে অহমদো।
থোইবী কোম্হুং কাথরে লমজা মচিন মৌপুরা।
খুম্বোন পুং তাম্না লাকএ। "থোমুম মাগী নোংদমদা
থুংলেগন্নু হায়হুনা, শোকউবদা বা-অসি
ইহু নিংথৌ মাংলজ্রা। সুম্না মজা ইবেম্মা
থুংমরোইদৌ শরুক্তি মালংবস্থ কৈদৌনি।
ইহু নিংথৌ শিরগা লৈহৌমরোই ঐহাকস্থ।
থাদোই ইচন-ইনিংস্থ সিরগনি।" অহুম্না
অমই থন-ওমদরবা মরাম অসি থন্নুনা,
থম থম থু-ওরে—খুম্বোন লাইর বাথোংদা॥
বা-সিগী বারি অচু তাক্লে থম্ মচেম্বা।
খুমন মানা বাড়ুদা অমুক হন্না লিরক্লে—
"বী-শি বানি বা নংদি, খুম্বোন হাওবা কোবলে
কোম্-লাওত তোম্বীনে অনি থুংল-বানি হায়।
হাওবগী পলেম-পম্বো, 'পা-থও-বা' দি কৌই হায়।
লাইর থৌদোক বাংনি হায়। নংগী থোজাম্বীনে।
'থুংলগম' লৈরবদি নংনা কুপা তৌবিনু।
নংবমদি ঐ সিনু—মায়ুবদি থম্বিথো,,
বা নংবু হেক শোকপদা তুমগেকো থম্ ঐ।"
হায়না লমজা থম্বনা মচু কাওবা চুংদনা
থাদোই মাগী প্রেম্-হুনা চংসিন্দুনা পায়রক্লে।
থোইবী মাগী থনবদা মচেম থম্ অহুম
অবি'মজা লিওতাইব্রে।—খুমন শিবদি হায়বু,
থাদো মওোয়জা চ্ছামথৈ—"নংগীদমক হৌবনি

কাওরুরবরা খম্বা।" হায়না কৌই লমজাবু ॥
খম্বা শিত্রে বা অহু মগ অমা য়ান্‌খরে।
খুমন মচেম হন্‌খরে—। থেব পুংদা খম্বনো
চৈ অহু পাররহুনা—বসন্ত মতমদা
লেপ-কং-কংবা পামেন-শুম, নুরা মাবু চাইখরে॥'

৩

থোইবী কোম্মুং য়োখরে। অমা চাননবা,
ইরুকপে হায়রহুনা পুখ্রি য়োযদা থোরক্লে।
পুখ্রিদুগী মপান্দা লৈরাং শিংগী মখম।
পরেং পরেং হৌশিনবা, প্রকৃতিগী বসন্ত
মাবু থাইবা লৈতনা ; থোইবী মাগী পুক্নিংগী,
মথোন কাবা মতমদা থাবুম অরা নেথোইদা,
মাগী পুক্নিং থুংনবা শাৎচারিবা লৈরাংনি !
থাদোই লেংথোরকপদা মায়থোং অহু উরক্লে।
লৈরাং শিংনা উবদই শুসি মায়থোং —স্বপ্নি
উখিদিগি অমুক্তা। লৈরাং শিংহু বারক্লে।
সুভি লৈখাক উনবা থোইবী মাবু উবদা
হাজা কৌই হৈশিংনা। থাদোই মায়থোং অহুনা
কৌওমদরে সুমিৎতো। শরৎ থাজ' য়াহনা
উমঙুরা উথরে। চংসিনখরে থাদোইনা
মাতি কৌবী লৈরাংগী শিংহেল লৈশা পায়রহুনা—
"লৈরাং ইতা ইথেম্বা। ঐদি নবুং লাক্নবা
লোয়রাই মাগী মমক্সি, কবো লোইন-চক্ননে
শেম্বী লোইদা কুম্মনে। অলাম-কাদ য়োৗরিবৈ,
মতম অহু কাওবদো—লাইকক চাওবী থোইবীনা,
শাথলমগনু ইতারোই। সুরা খুৎনা হেরুপা

অপাম কাদ-পুজগে—থুংখিমসি ইবেম্মা।
বাতি কৌবী লৈরাংও থোইবী কপ্লে লৈরাংদা।
থাদোই মরা তাবদা লৈরমইবা লৈরাংশিং
মুমাই মায়কৈ অদোমদা লোইন-পুম্-ওন্ ওল্লিরে।—
"থাদোই 'বেম্মা মাঙেঙদো লৈরাং ঐখোই পুম্নবু
কয়ি হায়না লৈকৌনি।" য়েংসিন্দুনা থোইবীদা
লৈরাংশিংস্থু কপখরে। "শাংগ্রয়োইকো ঐখোইস্থু।"
হায়না লৈরাং বাশকপ্রে। লৈরাং শিংনা থোইবীবু
য়েংলিঘদো থাদোক্কে। থাদে'ই মানা লোথোক্লে॥
থৈবোং হৈনৌ সোলোম্না চমপয়াদগী—পরেং,
মথল মথল কয়ানা হৌরি হৈগী হৈকোন্দা।
হৈকোল-লৈকোল অনিনা তাইনয়িবা লম্দম্নি।
লৈয়াংশিংনা তৌনবা মতৌ অসি উবদা
হৈরাং শিংনা ঙকখরে। কয়িগুম্বা কৌবরা,
অসি মমক থাখরে। লৈরাং ছন্দোক্রমছুনা,
চংলে থোইবী হৈরাংদা। —"শাম্বুবগী মগুংলাং
চংজুখিগে হৈরাংশা।" হায়না থাইবী কপউরে
হৈরাং শিংন —"ইরেম্মা —হৈরাং লৈরাং ঐখোই দ
মুয়া নংনা শোকপগী হৈরাং ইশক থোকপনি
লৈরাং মচু তাবনি। মুরায় নপান-তাংব ন।
কয়ি লৈত ঐখোইনি। লৈমরেনগী ছাং-ওয়ি।
নংনা লৈতরবদি ইহৈ করম পানগনি।
মুবা নংনা লৈবনা নিংথম উলেন নংদেদো।
তালেন মৈশা লাংদেদো। ঙসিদগী হৌত্রনা
মুরা নশক উত্রি-কাও, অপাম কাদা থুংত্রি-কাও
শাম্ব্রয়োইকো ইহৈ .স তাওজিং ইপান কাওবস্থ.
[illegible]ম্বোইকো ঐখোইস্থু। অপাম থুংশি মৈহুবু

পুণ্ডমুত্তবী নশাদো য়েংগুমদয়ে ঐথোইদি।"
হায়রক্লনা হৈরাং-লৈং কপ্পে থোইবী য়েংহুনা ॥
হৈরাং লৈরাং খুইহৌই। পুক্রি য়োমদা কুম্মক্লে।
পুক্রি থাকত-কমহুনা লাইজ অক্ল পোকপবু
লাইজ মৈগুর শায়ম্মে! "খমিং খুদিং থোইবীনা
থোইমু লৈনা থম্বান্দা তোংলম্বক্ল হরগা
তানখাই ইলিং চাইহুনা। ইকাই জৈদো থম্বারা।
লাইজ মনা চেংবলা থোংমু লৈংদা পাংথোকই।
থোংমু লৈংবা কাওহুনা থোইবী রাজদ পাইশিল্লে।
থোইবী'—"নাক্লে খাইমু শা! লেরাং ইতা কানিদো।"
হায়না থোংমু লৈংক্লবু নুরা খুৎনা তাম্মোকই।
লৈরাং মাস্থ খাইমুস্থ ইকাই সুম্ম লংনৈদো॥
ওসি নুমিৎ আসমদ কংনদয়ে থোইবীনা।
থোইমু লৈরাং অনিনা তিল্লবক্ল উরগা
মুক্তা মরু লুকখয়ে হিক্লা হিরা কপথয়ে।
থোইমু-লৈরা ওসিদি উৎবাদয়ে থোইবীবু।
অপাম নুংশি সংগ-শী ময়াই চাব-অক্লনা॥
মমৈ হুদা শুরক্লে—থোইবী লাকএ হায়হুনা,
চেকশিন্নয়ে মখোইদে লংনদয়ে—য়েংবদা
লৈথাক উবা থোইবীগা মাম্নদয়ে ওসিদি।
"হী! কৈনো"—হায়নরকই সংক্লিক য়েংনৈ থোইবীবু।
মবেম্মগী শক তুনা ওইরিবক্ল উবদা
হং গুমদয়ে মহোম্মনা। সেম্ম লাকপ্রা য়েংবস্থ
থোইবী মপোম মশাইরে। কোয়না য়েংখোরকপদা
কংকান থোবা লৈশিংনা লাইজ থম্বান য়েংহুনা,
থোইবী মাগীদমক্ত তেংথোরকপা-তারক্লে।
"থাংজে কম্মো।" হায়হুনা থোইমু লৈরাং মথৈস্থ

পাখংনরে কপখরে। থোইবী লুকথিবদা
পুম্রি লাইজ মনাক্তা লেং-লেং হোবা হুপ্লোদো
উরে-কোইরে, ইবেম্মা। সজিক অদু পায়দুনা
মপায় সগোল শংলোমদা থাদোই অমুক চংখরে।
"পম্মো লাংগোই খুৎ-নেৎ-শা। মুত্তি খুদিং নহাকপু
হুপ্লৌ মাথাই হুনবদি, লৈত্রবদি থোইবীনা'
কনা' হুনবি হৌগনি। ঐদি ঙসি চৎলনি,
কবো লোইদা কুম্মনি।" হায়না থোইবী কপউরে।
লাংগোই খুদিং চংদুনা হুপ্লৌ মপোপ ইল্লুরে।
লাংগোই ময়াম কপখ্রে। সগোল সংদু নিনখরে॥
"নুম্মা নংনা লৈত্র'দি থোইবী! মাংঙে ঐখোইদি।"
হায়না থোংগ্রে সগোল্লা। সন শং তাম্মা চংলক্লে।
কাওরেনশিংবু নান্দুনা সম্বী সনাও পুম্বদা
থাদোই মপাও মেল্লুরে,—"মুমিৎ খুদিং থোইবীনা,
পুজা তৌজে নহোয়বু ঙসি মুমিৎ সিদগী
লেপ্পা তারে।" হায়দুনা নোংখোংবগুম কপউরে।
সন্-য়াম্ অদু কপ্লক্লে—পুম্মিন ওইনা নিনখরে।
সন-হুম্দোক্লম্মদুনা থোকপ্রে। থোংবা তারক্লে—
"ইক্লগান চৎখিববু লাকত্রে" হায়নরকপদু।
সংগোনসংদা চংলম্বা সন্-সংদম্মু চংলম্ব,
সম্বী সনাউ পুম্বনা কম্নহোবা মঙোদো
মনাইশিংনা উখরে। ময়াম হুনা ঙক্লখি—
মিংতা শিবু তানাখ কপত্রে মীপুম তিংমথে,—
"ওম্মোকপনি 'চংখুবা সিবু কয়ম নহাক্লা
লোই থাগে হায়রিবনো নচাই গুণ-দি খংদনা।"
সুম্মা নিন্দা তৌ-শখি। চৈরুরগে হায়দুনা
থোইবা পুম্রি য়োৗখরে। পুম্রি লাইজ অদুদি

ভোরবদি খাও-শুম্বা মৈথু কান-তাইরম্মে।
মৈহুম ওইবা থোইবীনা শোকউবদা মৈহৌরে।
পুম্রি লমদম অহুগী তিংথৌ কাওব কংলক্লে।
চিংখুবগী তমপাকয়ুম মম্মে মৈথু অহুনা।
মম্মা মাপল্ সেম্নুনে মপার সংগাই মনুংদা
কম্বা থকী লেম্লেগুম ভোরে লোইনা চাকখরে।
সগোল শংদই লাংগোইমে সন-শম্বী সনাউনে,
লিংথোক লিংসিন য়া'মথে পু'থ্র রোমদা চেক্লক্লে।
থোইবী মাগী মনাক্তা লোইনা ইকোই কোয়ররে॥
এংখুরাংবী মমানা "ইচা লাক্কে করিনো।
লাইজ মুংদা ইচাবু মুংতাইতবা মৈদগী
য়াইবী মা'থরবরা।" হায়না য়েংগে থোরক্লে।
লৈকোন হৈকোন অহুনা খুইরুম চনবা, কৌরিবা
থৌদৌ অহু উবদা— "থোয়ুম লাইনি ইচাদি,
ইচা উগদবয়ু মিংকুপ 'মক্তা মতাইরে।"
হায়রহুনা ওন্দুনা এংখুরাংবী কপখরে।
স্বর্গদগী লাইশিংনা চাইথরকে অয়াম্বা
পারিজাৎনচিংহুনা মু'শিরবা চন্দোনম্ভ.
অহুনম্ভ ই'খিদ্রে চিংখুবগী তমপাক য়ুম",
মিকুপ মিকু' খুদিংগী অস্তা অম্তম চারক্লে॥
ইরু-মাথথ লোক্তখরে এংখুরাংবী মমাগা
থোইবী, চাক্রুক অংদা তরা চামিন্নরক্লে॥
কমজাও কাংখল মকুংদক্ত চিংখুবন লাওরকই —
"চথোম মচা শকদে। কনানো হাই। মুপীনো?
চাক চামিন্নরবদে। মথু দাংহু মৈথৌ হাই।
মকোয় চাদৌ চাক-অহু ক ইবৈশিংদা পিক্লু।
ওক ত, তুইদা পিজরু।" মক্তাইবেম্মনা —"হৈনা!

ঐনা অসাইনা হায়জে। পাবুং য়াথং অপাবা,
পালেম নংস্থ ভারেদো।" হায়না কপই থোইবীনা॥
'কংবা উনালক্তগী অপংবদি মনানা,
থাম্বী মৈপা খাংবগুম চিংখুবগী অপাওব—
তাক্লবগুম—"ইবুংঙো! মপু সনা য়াথংনা
লেম্বী লোইদা চৎলু-হায়। ইচা নিংঙাই তৌজদে।
পামদ-কাদ-ইচাবু চৎনিংদব অহুগী
অরা-পুম থাংহনা চৎপ-তারি হৌজিকস্থ।
চৎলমদাইদা ইচাগা তরা চামিন্নববু,
করি অহুম চৈবগে সনা য়াথং তুক-খিনা।"
হায়না এংখুরাংবীদো পায়ম চাক্ল কপথরে॥
"হাই! করি এংখুরাংবী নপাম য়ুমদা তাগেরা?
—ইপাম য়ুমদা তাররোই ইমোম লোয়নজররগে,
কবো লোইদা থাবিরো।" স্থয়া চিল্দানহুনা
পলেম পম্বো থৎনরে। চিংখুবগী ইমুংদো
থাম্বী মৈত্তম শাররে। চিংখুবদি তুমিন্না
কমজাও কাংখন মন্নুংদা চিঠি অনি ইথরে।
চিঠি অনি অহুবু নাইজহনবা মনাইদা
শিন্নথরে চিক্ল-তক্ল। চিংখুবনা লাওরক্লে—
"চৎলো নাইজহনবা নং, পুক্রো থোইবী লম্নেলবী!
কবো লোইদ পিক্লরো। মপা পাক্লে য়ুম-অসে!
ঐ লৈব-ওক্লকতরে! যেংনিংদরে গৌজিকমক।
ঐ তিত্তুম থনাংলক্লে—নাইজহনবা কৈদৌরি॥
থোইবী চংশিন্নত্তুনা "পম্বো'বুংঙো নচাদি,
কাবক্লরোই লোইদগী।" হায়না মপা খুরমই।
"পাপী নংগী ননিংলা।" হায়না চৈরে অমুক্ত।
চিংখুবা মায় লৈথোকখি। য়েংদে ওক্তে খুরম্বা

পাম্রম-স্নুংদা চাকহৌই। "চৎলো পাপী য়েংনিংবে।"
হায়,—থোইবী থোকখিবদো চিংখুনহা কপহৌরে॥
অহিং থাংমৈ ওইরবী মুংখিল উক্রম ওইজবি,
এংখুম্রাংবী লম্ওকুহৈ তমকা য়াইমং চান-গুম্বী
নূরা মদোম পোকচবী—মজা ইবেম্মা থোইবী,
পহৌ কমাংহুনবী মখোং থাংদোকখিবদা—
থোইবী পোকপী মমাদো ইস্রি পূব-য়াখিদে।
"ইমাই-বেম্মা লাংলেন-হল। ইচা লৈতরবদি,
থোইবী। ইমা, কনাবু য়েংনা-লৈহৌরসিগে।"
হায়রহুনা মমাদো তীনবী লু-পাম্নবীদি
স্তিন্থোক য়াংদৌ চোংবীগুম চোংনা চোংনা লৈহৌরে।
থাম্বী থকী লেম্লেঙুম এংখুম্রাংবী তৌহৌরে॥
মপাই মনাই ভরাগা মঙা, থাদোই লোইনরে,
দোলাই তোংঙ য়াখিদে মজাইবেম্মা চৎখ্রে॥

---

# থোইবীনা কবোদা লাকপা

সেমুদি অলাইদগী—"চৎহন্নবসু খংদে—
মবেম্মগী ভুংইনগে।" হায়রূনা চৎথোকখরে।
লমখাংদা ইবেম্মবু ঙাইহূনা হান্না লৈখরে।
হোজং লাম্হোকখিহূনা সঞ্জেনবুং য়াংবী হেনগ্রে,
নাওসং-পুং য়ৌব-কান্দা মচানা; চিংখুবনা,
হংই,—"চৎগ্রব্রা ?—চৎগ্রে।—সেমুদি ?—চৎখিমাগ্লে।—
করিগী ?—মনাইবুদি, করিগী পুরোইদগে।
নিংথৌগী মচানিদো, কুমিন সনা লুপা
লিক-কোন সুনা পুথি।" হায়না খুমই মমানা।
চিংখুবনা—অহূদি লোই থাবদি থোকতরে।
মোৎন-শিরু চৎকমনি। নৈতেং তৌব-য়াবরা ?—
ইচা' ঙসি পুথিবা 'খোইগী ইয়ন অমতা
য়াওদে। মম্মান মাপম থোনবীবা ঙাক্তনি।"
হায়রগা এংখুয়াংবী "ঐমক্তা শিজরগে—
করি দৌরুরদগে।" হায়না থমোই ফুকখরে॥
চিংখুবনা উবদা—"শিরু নারুরদরা"
খল্লে; তালোই য়াইমদা—"ইবেম্মা নচে অসে,
শিরু নারুহূনবে অরেম্বদা তোকৃঅনি,
মংনা কুপ্ন সেম্মোকো।" হায়না লোম শিন্নরে॥
অসি য়ৌর ফাওবদা চিংখুবগী থমোইদো
শেৎত্রে, তোম্বী কৌরকই—। তোম্বীনা—"করি-ঙম্বা—?—
সেমু থাম্মু! চৎকদে। য়ৈহূনা পুরকউ-হাই!
খিল্লে তোম্বী হৌজিকমক্ থোইবী' য়শাদা পকুপ,
লোইনা কোকোক লৌহৌরু। 'মোৎপ-কীহ্ন খরুনা

হোই-হোই মশাঙাক-থাখো।" হায়রে,—পৃথিকায়বোঙন
খোং-লাওরবা নোংলক্না, নোংমৈ শিংজং য়াওঙবা
চিংখুবা য়াথং অছু ডৌরে ভালোই ভোম্বীদা।
ভোম্বী অতৈ খনথিজে—"ইচা উমনি" হায়বা
অসোমদা ঙাক্ত পুজে। পোং লৌগে হায়রুবদা
মুংঙাইনি মুংঙাইখিরোষ্ট হায়বসিমদি খজে।
মচেম ময়াম অছুদি মাছু ইল্লুবদগী
অমতমক্ কৈনিংদে। "নখোং য়াঙই নহানি
ভোম্বী চংলু।" হায়ত্থন লৈথোক্লরে অতৈদি।
ভোম্বী "চংলে" হায়ত্থনা মখোং থাংদোরকপদা
এংখুরাংবী কৌবীদে মচাই বৈন কনপ্রবোই,
মুজা মকা সংগাইমুং—মোলাং থাদা থাম্নবা
হৈজাং মপ্রাম সোইন-থাং পিথ্রাই য়াংঙ লৈব থাং,
চংপ্রে হোরী লৌক্লরে। হাত্রে থোইবী পোকপীবো—
মমাও অভোম্বী হবু হাৎলগে ; মতুংত্থদা,
মুজা মদোম শিরগে খনপ্রে পুমঙাও ঙাওখরে।
মছু চাওবী লিল্লা-গুম নাসোন্ পিক্ল চংলমই
দারিদই স্থমাংদ চোংথবা কাও এংখুদো,
ভোম্বী ভামপ্রে, মাসি চিংখু-নাসোন ফংপ্রে।
মভোকতগী মণিবু মাংথরবা লিন-ত্থনা,
ঙাওন-মণি থিবদা অপংবদি অঙাংনা
পংনা মণি খুল্লুরে। থঙঙক্নুনা লিন ত্থনা
ভামরকপ অছুগুম ভোম্বী মাগী মতুংদা
এংখুরাংবী হুজিনপ্রে! ভোম্বী তুংগী লাংকমদো
করিমতা উথিদে, ফংগদৌরে মচেম্না।
এংখুরাংবী হোরীদো খুত্থম চেৎনা পায়খরে
মত্থুংবগী থিজগে ভোম্বী মাগী পুকনোঙা,

হায়না হোয়ী সংখরে। তোম্বী শিব তাখরে।।
চিংখুবনা কম্বুংদে চোংখদনা য়েংবদা,—
"খিনখিবনা হান্দোরে মাংবা-তারে" হায়দুনা
মুংশিৎকুম্না য়াংমথৈ চিল্লিনখরে চিংখুবা।
তালোই এংখুরাংবীবু সুপকোন কোল্লে তুংদগী
কারে চিংখু নহানা, হোয়ী মুল্লে, হন্দোক্লে।
চিংখুবনা—"করিনো। অহুম হৌনবরা হাই।
—খাদোকউ।—দৎ করিগী।—খাদোকপিয়ু কৈদৌগে।"
খাদোকতরে তালোইবু, নিপা পাংগন কনবনা
মুজা মাগী খুৎ-অনি সুপ্লাই ওইনা কাজিনগ্রে।
তালোই তোম্বীদি খংগ্রি মচাতবু তায়খি।
হন্না লাকনা য়েংঙমদে মুংশিৎকুম্না পাইখরি।"
এংখুরাংবী শাওবনা মালেম খক্ক তুখরে,
খরো কাংকম ওন্বগুম তালোই মাদি কপখরে।
মত্তৌ অক্ক উবদা চিংখুবন্থু রাখরে,—
শরৎ থাজ লোইরকপা নাপুং ফাব-উনা না
লৈতেং ওইবা পৃথিনা, মেরা থাজ লাকপদা,
অনৌবদি অশংবা উনা কুচু ওন্নকপা,
নাকেন-থাগী পৃথিগুম মদোম মরাই চায়রবী,
মালেম পৃথি ওইরবী এংখুরাংবী তালোইবু.
চিংখুবনা নিংথিনা পোক্লৌ শানা কে হংলে।
কৈরাখক্তা পমদুনা মিৎত-পিবু তাদুনা
তালোঈ মপাও মেল্লক্লে,- "লেংমাই নিংথৌ মথোয়্লোই।
মুজা তালোই। করিনো! করি অদুক পংথগে!
মুজা নংনা পোকচবী; নুরা ইচা ইবেম্মা!
থোইবী কৌবী ইচাসে. গুণ-রান্না হেনমনখরে।
ইপা চাক্লে নং-গ্রেগী! নাপন্ খর য়ৈথেকে।

তৌবনিনে ইবেম্মা। মচা সুংশিরোইদবা
মপা মমা কৌববু কনা লৈব-হৌনব্র !
নংনা সুংশিবদগী ঐনা কৈস্থ বাৎলোইদো।
কপ্পগনু তোকওনে।" হায়না এংথুরাংবীগী
থৈরে চুপাই, চিংখুবা এংথুরাংবী কমজরে।
এংথুরাংবী সুজাদো সতীগুম্মা চংবগী,
মপূই ক্বপা ফংবদা মচাই মৈদো সেজরে।
'চিংখুবনা চিংশিনব্রে—সংগাই সুংদা কপথরে।—
"ইমাইবেম্মা থোইবীও। ইমা মাঙ্গেঙ" হায়হুনা।
মমা অতৈ অহুদি থোইবী মাগী বাখিব্রে।
মচেম হুবু য়েংবদা লৈব-ঙম্মখিব্রে॥
লোইবী মানা নিক্লপা পামেন শিংন হাইবগুম্
লৈঙমদরে মরামদো কোয়চেন্ চেম খাংথরে॥
মতম অসি থোইবীদি—"ইপন্ নিংথৌ ইম্মশান,
তারিরোইকে মথোংদে। তাকউরগা ঐশাকপু
খাম্বীরব্রা মথোইনা। পন্থো মানা, ম৽াান !
অমুক সুংশিরক্তুনা—'চৎপগুম্মে থোকউরে,
থোইবী লাকও' হায়হুনা —খাম্বিরখিগদরা!
ই৽া লাক্লগবরা, ইমা বাগৌরেদকো!
চেংথৈগ থোইমু ওইব.দা! লমজা ইনম্মই বেম্মা!
কাইনরেকো ঐশা৽-তে" মওন মওন খল্লকই।
মোয়্ শাইনোন্ ইতাই-খা পনা পুমচোৎ চোৎহুনা
থোংকাপ মকা লাম গুমদে। বানা লাকই থোইবীদো॥
মতম সিমকু মমা-তোন! নূরা মাবু উরক্লে, —
"হা ইমোম ইবেম্ম-ও! পায়ম-লৌশিং চাওবীত্ত!
সবং থাগী থাক্ত-বু কোরৌ নোংনা কুপ্পগুম
মায়থোং মক্ল লেংইবী! থোংকাপ 'মতা লেপ অমুকো!'

শাপ চেনবী নমা ঐনা নুরা নংমু কৌজরি।"
হায়না মমা তোম্বীনা থোইবী মাবু কৌরক্লে।
মমাই মখোন তাবদা থোইবী তরাং তয়াংই—
"ইপায় মনাই ইপুখোয়! কৌরিবসি কনানো?"
হংই। নাইজহনবনা—"নমাই-বেম্মা তোম্বী-নি।—
করি হায়রি ইপুখোই?—ঙাইখো হায়রি, ইবেম্মা!—
করিনো মবুক থোক্লা, পোৎ-চেনগে তৌরিবয়া?
ঙাহাক্তা ঙাইসিগবা। বায়ত্রা ইপু-খোই?—
করি বানো ইবেম্মা।" হায়না খুমই। কপ্লরে।
লোইদা চৎলগু হায়না থামইবরা করিনো
সিস্থ অহুক খঞ্জরুই অরা দুংঙাই চৈরক-ওই।
নিংতোন শোকচনিংদয়ে—করম হায়ন-য়েংসিবা।"
ময়াম অহু লেপ্লরে। মমা-তোন উবদা,
মপি তায়কই থোইবী। মমাতোনস্থ কপখরে॥
মমাতোন-না চেল্লকপা থোইবী মনাক য়োবদা—
"ইমাতোন! বায়রিনি!' নচাই হৈনা ইনগেয়া?
পলেম কদোয়বগে? চানুরা লক্তা থোকও,
ইতা কৌনদোবনি। ইমা কৌরে বায়োগু!
নমোম তুংবু ইনগেয়া—হায়বিয়ুনে ইমানা?—
ইমোম 'বেম্মা মাহুমক নিংজবনি ইমানা।
য়ৈন—থামই নপানা। ইল্লবদি ইমাদি
য়াইবী মাংব-থংদেদো। ইমা' সিদ লাকপদি,
পঙ্গৌ মানা কাপ্লকপা তেন-নি ইমোম ইবেম্মা!
ব। অম'নিদং হায়গে সনা পুক্লিং শাওগনো!"
হায়রে বা সি তাবদা থোইবী অমুক বাথরে।
কোকদবোই নিংউইদো নুরা অরাবত্থবু,
কোকওইদোয়ে খন্দুনা থাদোই লেপ্ল-চুমকদে।

"হায়বিয়ূবা ইমাতোন। পাবুং সনা য়াথংদো
চিংথদনা তম্বিয়ু। চিংথাং পনম্ লান্দুনা
চংকদৌরি নচাদি, কোয়ৌ থেংথরগনি,
ইমা। হায়বিরোগবা।" হায়জরক্লে থাদোইনা॥
হায়ব-ঙমদে মমাতোন, থোইবী শংত্রিক য়েংহুনা
কপই মমাতোন-হুনা। মতৌ অহু উবদা
লিপা তরা মঙাদো থবাক খুহুম সুহুনা
কপই। করি হায়রক্লগবদি হায়না ঙাইনৈ।
কত্ত' থৌদোক মমাংদা ধুব-কেতু উবগুব
ময়াম অদু উনরে। তাঙ্গা সিদা অশিংবা,
নাইজহনবা মপুনা—"ইবেম্মা তোন। কোংগাই হায়নু,
কোংগাই অমা ককুউকো। মপুই য়াথংনি হায়না
পংহায়সুনেদো হায়নু। খল্লুবা 'থোইসে পাম্নি।
কংস থোইগী তাং-নিদো। হায়রে নাইজহনবদো।
তম্মুসন্নু মতানি কল্লকগেম্মা শাওন হায়॥
থোইবীনা—"ইপা মনাই। হপু ওক্লে হায়-হৈদে।
নিংথৌ যুবরাজাদ লাংনি হায়বদাই ইপু।
ল্যাম্মবনা মচিনি। নম্নু ঐনা কবোদা
শিদব-লাই নি'বিয়ু। খুমল লমজা মাংদব।"—
হায়রম্লগা। ইবেম্ম! নাইজহনব কোন্দুনা
লোং থোংগুম্মা কপথরে। মমাতোন্দো রাথরে।
করি সুংগী লাক্লবা খল্লে মমাই মবুক্তা।
"ইমাতোন হায়রো হায়রে।" হায়না তকসিন্নক্লবহুদা;
হায়রে "ইবেম্মা সিনি, দোলাই থনম্মু হায়দো"
হায়। হায়রকপগা খিন্দে। নৈবাকতা দং থাদরে।
"লৈহৌরোসে" হায়রকই দোলাই পুব মনাইনা।
ইমাতোন আসদগা?—সেম্নুসু হায়রকই।—

—সেম্বু। লৈহৌরো ইতা! বাক্লগনু মরুপ-লোই।
ইমায় বাব কোকহৌকো। ইমানা কৌরক-কৌরকু
নিংঙক নিংঙক মতমদা, 'ইমা ঐ লৈ' হায়হনা
য়াংদৌ চান্নবী খুম্মু! ·ইবেম্মা। লেপ্পবনা?—
ইতাই'বেম্মা লৈহৌরো.—য়াম্না বাবরা ইতা?—
ননাই ঐ বারে 'বেম্মা।—বারুনু কাওরবরা?
—কাওদে কৈদৈ কাওদগে।—কাওনু ইতা লৈহৌরো।—
করে লেংও।" হায়নরে। থোইবীন'মুক—"ইমাতোন!
করি করি—হায়বিয়ু।—ইবেম্মা! ইমা করম,
থোইবী ঐবু হায়সিগে!—ইমাতোন হায়ু! মংনা
চিংখয়গা হোরেন্দি য়েবিনিদো পাবুংনা।—
ইবেম্মা. সনা লুপা লৈতেং পোৎ-মখৈহবু
কীন্থ লোনন্থু খনম্মু। অমোৎপ কি খরদং
পূহনা লেংখো হায়দো।—য়ায়া করে লৌহৌরো।"
হায়ন মজা ইবেম্মা. লৌথোক্লে পিরে লোইনা॥
"ইমাতোন করি বাংলি।" হায়না শাওরপ হায়রকই।
"ইমোম 'বেম্মা নপানা চিংখগনু হায়বপী
হায়গদবা মঙাইদো" হায়রম্নগা মমাতোন
হায়ব ঙমন্ত্রে ভুখিল-লৈ। ময়াম হুন্থ শাওনিংই—
"খয় হায়রবদিকো মতোক সিল্লো মাসিদে
মুপী লিপা কোবদি মানা মায়ক্লোং য়ারগা
কৈন্থ থোইনা থিরোইসে—'পূরকই তাহৌরেদো'
হায়দোকপন্থ য়াবনি খুদোপ অম ফাওববু
পকত্রে করি মতোনো।" হায়না নিংনৈ ময়ামদো
নাইজহনবা শাওহনা বাহু ঙাংগে তৌবদা
মপাপ মপুং কাসনু খরাহনা হায়দরে॥
"ইমাতোন হায়রো থেংত্রে" হায়রকপদা মমানা—

থোইবী অতৈ নত্তেদো নুরা মংগী নাসিকা,
থনম্লু হায়, ইবেম্মা। হায়রে। থোইবী শাওখরে।
"করি রাজো ইমাওোন! ইপন, ইম্মান, ইপাবা
ঐবু পোকপী ইমানা পিবা নত্তে শাবদি।
ঐগী মনম্থ নত্তেদো। লাইরবা ইবুংঙো,
খুমন মানা পিরনি। 'মনা সিনা মাংবদা
ঐবু মাংঙে থংজকো, মনা সিনা লৈরি'থৈ
থম্ম ঐদি লৈরিদো থংজ থাদোই' হায়হুনা॥
রাশক্রবা পোৎশকনি। পাবুং হাপকে হায়বরা,
ইম্মাজোম্মা হাপকেরা? ইমা কাওবিগনুকো,
পোৎ অসিনা মাংলবা—পল্লৌ মামা মাংবরা,
থোইবী ঐনা পিবরা' অমদিনে থোকনি।
সে লৌহোরো।" হায়দুনা শাওরংলনা হজিরে।
মমা-তোনগী থবাক্তা থারুরগা মনাদো,
থজোক্তুনা উফুন্দা তাপ্রে য়েংব-উদরে।
মমাজোম্মা খিবদা ফংদে। থোইবী য়েংহুনা,—
"ইবেম্মা! মনা তাপ্রে, থুংশিন্নবস্থ নত্তে।"
ইশম্ শম্ম হায়রকই। থোইবী মপাই মনাইশিং
য়েংলহুনা "ইপুথোই! হল্লো, ঐস্থ চৎলরোই,
মেম্বী লোইকম য়োরয়োই-সিদ—প্রাণ-সি থারগে।
পোক্তে হায়না তৌমাজে, পাবুং য়াথং ওইনস্থ
চিংথকৈনা ইমাদে। মনা অহু মাংলগা
লমজা থরাই মাংলনি হায়জরবা মজুদা।
এসি হুমিৎ অসিদা ইমাই প্রাণ-হু লৌরগা
সিমিরগে পাবুংগা।" হায়রে থোইবী, ইবেম্মা
থাংজেৎ মচি লাংহুনা নুমাই লোয়ী মথুংস্থ,
থাংলেন মাবু সংথরে—থোংকম অহু থিনবদা

মোইরাং ঙিংথাইগদৌরে, থাংজিং চিংদোন হাইরক্লে।
ময়াম অহু ঙক্লরে। "মাঙেও মাঙেও করিনো।"
মায়থরে পাখংলে। নাইজহনবা অঙম্বা
থাদোই গুণ-হু খংবনা—মাংখতারে হায়হুনা,
চোংসিনথরে কাল্লরে "মাংঙে সনা করিনো।"—
হায়না। থাদোই লেপথরে। "ইপা মনাই ইপুথোই'।
ঙসি সুমিং অসিদা, থিয়ু পল্লেম ইবেম্মা।
সনা ম্যাংবা য়াদেকো। নক্রবদি য়ারোইকো"
হায়না ইবেম্মা লেপ্লে। ময়াম নৈরি অপুম্বা
কিনবনা নিক্লরে। মমাতোন লো বলি-পী
উ-দা পুনবা হামেংগুম মতু ইপোন পোনথরে॥
ময়াম সোরনা কামই—উফুল লকৃতই কংজরে।
সনা অহু কংবদা "ইমাতোন শাওখিগনু।"
হায়না মমা খুরুমই। "ইবেম্মা ইমা শাত্তদে।"
হায়জে, পুরো হায়হুনা সিমরে মমাতোনগা,
সেম্নুগা অনিহুদা হল্লমইবা পোৎশিং লো॥
"সেম্নু হল্লোরো ইতা।" হায়বদা সেম্নু কপই।
"ইত সেম্নু কপকনু নোকউ।" হায় মবেম্মনা।
"করিগীনো নোকথোকউ" হায়না থোইবী নোক্লকই।
সেমুম্নু কপ-নোক্ল নোকই। থোইবী মথোং থাংখক্লে।
মথোং থাংবা য়াদরে—সেম্নু মমাতোন অনি।
থাদোই হম্না য়েংজরি—নৈহৌরিবী অনিনা
উরিমথৈ য়েংহোই। অচৎ অওক অতাবা-
শজেন নাউরোই কাওবনা উচেক বায়া অপুম্বা
বাতোন উতোন থোৎ থোৎপা "নুয়াই-বেম্মা মাংজেদো।
মোইরাং তাকহো মাংহোরে। মুম্বা লেংখিগনুবা।"
হায়না য়াবা থোক্লখি মোইরাং লবদম অহুবু,

মীকপ থোয় নিঙ্গোই, লাইয়াম লোইন-কপয়োই ॥
সনাই ভয়ানা শাবা চেক্লা মাগী পোন্‌-গুমা
সেম্বু পোম্নিং লৈহৌরে ॥ ঈবেম্মা লেংশ্রবদা,
ভোম্বী সেম্বু অনিনা পোংয়াম অহু হাপচিল্লে।
সুমাই লোলাই অহু পুমহনা হল্লকই।
কৈনো কৈনো হায়হনা অউবনা নোক্লখি ॥
থাদোই মাগী মবানা মোইরাং লৈপাক সিনথরে।
ভোম্বী, সেম্বু থুংবদা এংখুরাংবী মমাদে।
হম্‌লাং খুমৈ পায়হনা মচা কৌন-কল্লমই।
মমা অতৈ অহুদি পোংপু অহু উবদা,
কম কম নোকখরে। এংখুরাংবী ইবেম্মা।
মচাই পোং-ভু উবদা বাম্থখরে মাংগোম্দা।
মনাও ময়াম অহুনা হোংনবদা য়াদরে।
চিংখুবম্ব চংলক্লে। লাইজ চাইরে ফংতরে।
“য়ামগী কাইনরকপদা মপা নিংথৌ মাংবগুম্
মচা কাইনবসিদা, এংখুরাংবী মাঙলক্রা।”
থম্মুরেদো চিংখুবা। চিন্দা লাইজ থর-উম্
লরাই কোয়য়েন উমহনা চিংখুবনা কাম্‌থর্রে।
ওহাক পুংগোই লৈরগা হিংগংলক্লে তালোইদো।
আম্‌বু মাংউরিলৈদা কয়া থোইনা য়ারুদে।
হৌজিক্লা থোইনা য়ারে। মচাই মপোং অহুবু
অম-অমুক থাংগংলি, চরৈ অমা লৌথংলি,
হৈনম্ লৈনম্ চুরবী মচাই মনম নম্বনে।
মকী অহু কোম্বুনা ভিংদম্ ভিংদম্ শিথরে।
সুজা মকৌ উবদা চিংখুবগী থমোইদো,
মৈওম শারে থাংওমল্লে ॥ “থমোই খুহুম থাহনা
কপথরেদো চিংখুবা! ওাহাক কপই নিংশিঙ্ছ,—

"ঐবু নঙ্গি তৌখিবা" হায়না অমুক শাওবদো
অহু মঙাই থৌওইদে। "খর কপলে ওকএ হাই।"
চৈরে নুপী ময়ামদো। শিব মক্তি য়াখিদা,
মমা ময়াম অহুবু অসুম তৌনা লৈখরে॥
মঙাই থেম্বা থোইবীদি—পাম্মু লমন্ শিংলগে
সেম্বী লোইদ-চৎলগে খনখিবনা য়াখিত্রে—
ন্যাওশং-পুঙদই, কৌজেংপুঙ, পুকশ্রি, লৈতম-পুঙ য়ৌরে।
পেংবা শোয়দই, লাইমৈতা লাইখুরেম্বী থোং-লাক্লে॥
চৈরাপ য়ৌরে; ওকচিন-থোং য়েং-ওই নাতৈনখরে।
কোনুং লোমদা ওন্দুনা বিষ্ণু মপন, মম্মহান্
নুরা ভাবন-খুরম্মে নুরা মিংত-পি-বু ভায়॥
কোনুং অরাং-ওই-ওয়নৈ। মমায় নোংংপাক পাংখরে।
মাংলো ভাক ওই ওয়নরে। দোলাই থাবী, নোংশাব,
অয়াং লৈম-কবোক-চাই, নবেন খোয়ুম লাইরেম্বা;
লাইন শাবী লাই-সনা, ওই ওয় নাতৈনহুনা,
খোরি কথেন য়ৌরক্লে। থাংজিং লাই-কোন্ পায়খরে।
খোয়ুম মাবু খুরমখি। মুরা হৈদি কোন পাখং
ফুংগাং'নাওরোই থোংবু লাক্লে। থারি লমশাং লাক্লুনা,
হায়হৈদবা লমদমদি পইহ্লদবা লমদম-বু,
চেংলৈ লৈকাই য়ৌখরে। খুংন থিল্ল খুংনামুং
( য়াওম্ম মকোক হায়নবা ) নোংথোল' লৈকাই য়ৌখরে।
অঙোম কোনুং ওই ওয়নৈ; পাল্লা হিদেল লানখরে॥
অয়াং লৈম,কাবৌকম্, ইরোই-বা, হাওগরম্ পাং ,
তোইবী কাবী ওই-ওয়নৈ, কবো পোকথোকপুং য়ৌরে।
মুংপাক থাবি চৎখরে। থোইয়া লমশাং য়ৌখরে।
খা থিমুংগৈ লাক্লুনা, সম্জোং মুয়িব য়েং-ভা
চমুং-য়াংবী য়ৌখরে। কৈরেন কাবি লান্দুনা

কাংসোইবী, নিংঙোন খোং স্থ, কুম্বী সম্পোং নিংখোদই,
লৈশোক-পুং দি য়োখরে ( তেরা 'খাস মকৌনৈ )।
কেক্রুমখোং শায়রক্লে। কাংগুরু লৈহাওপোকপী—
খাংমৈ-মাপন্-থান্দুনা—থাঙম্মিবা ময়ম্-দম্—
থুগা-চংবী-লৈতান্-শোক, থোইবী থুগা লানখরে ॥
কুম্বি লাই-হুইরো য়োরে। মমায় নোংপোক পাংলক্লে,
ঙক্রাব-উরোক-কোন্দই, কেগে মায়তোঙ-লাই হুইরম্—
মোইরাং সঞ্জা পুং-কৈ-রম—লয়েন-হাওতক য়েৎ-ওইনৈ।
উচেক থুবি য়োখরে। ময়ম কুম্লোন চৎতুনা
উঙাম-সোই ওই-ওয়নরে। খেব্-পুংশেন য়োখরে ॥
মখংলেম্না পুং-থক্তা কম্মিবহু উরক্লে।
মকম অসিমক্তদা "ইপা মনাই ইপুখোই।
ঙাহাক পোৎথাখিসিবা ?—ইবেম্মা য়াম্না করে।
চৎথোকতনা চৎপগী য়াররিনি।" হায়দুনা
পুংখোংদুদা পোৎখারে, চারে লৈব পুথোক্লৈ ॥
ইবেম্মনা—"ইপুও, সিবু করি লম্মোনে ?"
লাইকহনবা মপুনা—"বেম্মা সনা পুং অসে,
"খেব-পুং" হায়বদুনি।—খেব-পুং হায়দি কৈনো ?
—ককয়েন মীওম্মা হায়বা—চেক্লা'তুনা জী.ব-বু
চাই, কারণা সিদা। খেক্ক খোংই হায়বগী
খেক্কপুং কৌই সিনা খেব-পুং-বু হায়বনি।
তোপ্প মিংখোন অমনা—লাইরুবা ময়াম সিদা,
করাওই-খে লায়বগী খেব পুংস্থ কৌবনি ॥
ইপু হুদি করয়ো। তৌহৈবরা পোৎখাব ?—
পুংখোংদনি য়াগনি।—ইপু! মী'মা মতোম্দা,
কম্বিবসি শিরোইজ্রা ?—লাইগী মনাই ওইরিনি।
মীচম্ ওইদবি শিনি! মনাইশিংহু ওইরিনি।—

ইপু ননাই হায়গম্মু, নম্ব ইবুংঙো মাল্লি।—
কনা ইবেম্মা?—নম্ব, ইকোপ-পুংদা কাওকাবা।—
কল্লবরনে সনা?—কল্লে ইপু ঐহাক্না,
য়েক্লবা মশিং য়ামই চংথোক্কনু হায়দুনা
ঐন' চৎথোকহন্দে। ওসি অহু মোইরাংগী
লৈম-রোন ভিল্লগনি হৈ হেকৃউনি হায়বনি।
হূগী চৎপা ওইরিনি—লম য়েংঙম্ব—ওইব-তাই।—
তাক্লম্দবোইরে সনা? হোয়েন ইপুনা অহুম্
তাকউরসমু হায়না তাক্লমদরে নম্বুদি।—
চুমদেদনা সনাহল। হুদি তাকপনা চুমই।—
চুমই ইপু তাকপিয়ু। ইবেম্মনা তাকউনা?
কয়ে অহুদি ইপু। নম্ব রা-অমনিদং
হায়নজগে, মাসিদি তম্বিরুনু ময়াম্না
হোয়েন পঙ্খৌ চোরোন্দা। নম্ব সিবু মতুংদা
মোইরাং লৌশিং কত্তেদো হাংপিখিনি ইপুনে।
রাশকপিয়ু ময়ামসি?" ময়াম অহু রাশক্লে।
থাদোই মানা, মথংলেন খুমন লমজা কৌরকই—
"চেংগৈ চিংজাও খোইরাবা! খোইমু মহা থাংজেংবা!
লৈরাং পাম্ব-খোইমুও! ওাঙৌ-পাৎত-চাকতাবা!
সুতি লৈথাং খুদিংগী খোইমু সাগন তুকাংথপ,
লোকৃচন্, পুপ্রি, খুদিংদা লৈরাং লৈহি থিবমু,
কোই পাই পাইব-খোইরাবা! ওসি কোই-পাই পাইবদা
লৈরাং মকম থংত্রবোই। লম নংতনা পাইদুনা,
সিদ খোইমু কবিগী থোংদারিব নংাক তে?
খোইমু হজিল্লকপদা লৈরাং, নথোং হামজবী,
রাংগোন লিংাই লাইজদা শাংচরবী থম্বান্দো,
ক.বা লোংদা থারক্লে; লৈবিরম্বা কয়েদো;

ময়ানবা থোই নৎত্রব্দি পাইবিরকও থোয়রাব !"
তায়-নায়ে খোন-গুম্বী অবা মুংশি শৈকরবী
হারি মানবী মপাউখোন তারে খুমন নাকোংদা ॥
নোংয়াই মানা খুম্মকই—'য়াংগোন পুখ্রি' শাৎপ লৈ !
মীরায়-কোংলাইবনদি চংঙমদবা লৈরাংনি।
লৈরাং গুম-নিংথিবী তাংন-শিঙেন-শাৎলিবী !
সুত ব্রহ্মা লৈময়োন, কিংপরস্থ খগুদা
অম্বাপুর ইবাইকোন লৈরাং নংবু শাৎলবী !
'ঙাংব-খম্বাল লৈ-গুম্বী ! নংন-সিদা লাকপদি,
তাম শাৎপ লাইজ দি শিঙেন্ ননিং থুংত্রবো !
লম্দম্ কদায়-শাৎকগে ? খোইমু ইপাঁও মেনখিগে,
লৈরাং ঙায়ু ইবেম্মা !" হায়। কুমদি কুমথরক্তে ॥
ঙাহাক ঙাইরে মরাক্তে। মনাই নাইজহনবনা—
"করিননো ইবেম্মা ; ইবুংঙো সি লাক্তেমা !—
ইপু হৌদি হৌগৎলম্মে, ইপুখোইবু কিরবোই।
অমুক কমথখিবনি।—তু'দ মাঙেও কবম্মো।
ঐখোই কোগে চুমইনা—"খুমন ইবুংঙো 'খোইনি।
নোংয়াই হংগোইরুগংসু মীচাপোক য়াওদে। নাইজ
কনবা খুরানে। হুইঙ উকায় কাপঙেদা
নংগী মীচং ওইখিবা কাওরবরা হংগোইনো।"
কৌজরে, তারবদা—"হা-কনানে কনানো
'শোনব পাংগল ওইবীয়ু ঐ লাকগরে।" হায়হুনা
খেব-পুংথক তুদগী খুমল মাবু কুমকই।—
কনাগুম্বা অমনা, সমুদ্রগী লৈখাদই,
অরাংবা চৌংদোন্দগী অসুকপ লোক্ত্রংদগীসু,
স্বর্গ পাতাল অনিদই, কল্পনাগী অয়াঙবা
'পাইবা দোলাই তোংহুনা কোয়ন থিনৈ অসুম্মা

মূয়া শৈশক তম্লরি। অরৈবনা লৈন-থম্
অয়াংপনা বাইনম্তি, অমই লৈওং অম' লৌ,
শৈরেং লৈরাং চারাবু লৌনৈ লৈকোন খুদিংবৈ।
হান্দক শৈশক তম্বদি—খোংতেকপনি, মমিৎস্ত
মনা কাত্তবা পংলবা খুংত্তেকপনি পাংত্রবা।
মুংঙাই মাইক কনাগী নিংথৌ সংগাই মুংদগী
লৈরাং নাতৈ অমকাও হাপ্লববু উকদে,
সনা লুপা থাম্মবা লৈরাং অমা থংউদে।
মীনা ককচেং মহুমগুম ওয় তিনবা লমদমগী
মাথন লৈরাং মচা 'মা থেংচনবস্ত মঙ-গুমই।
মঙান কনবা মাথনগী মুমিৎ ওইবা মমাংদা
শগোই-হিদাক মপাম্না মনম কাওবা ঙমদ-গুম,
অমম্বদি ইমুংগী কায়দবা লৈরাংনি,
অসিগুম্বা শৈশক্লি। লুপাই চেকপন্' কোয়রবা
মূক্তা' মথোক চল্লবা লৈরাং মক্তা হৌরবা;
পৃথি থুংনা তারবা অচৌ অচৌ' লৈকোনগী
অমাং অতা লৈত্রবা 'লখন্ কোটী ওইরবা
সনাই লৈরাং লক্তগী শিঙেল লৈচা অমকাও
য়াওদরবা শৈদম্লি। মপান ঙাংনা চম্লবা
মন্ত তিংখং পাল্লবা, কুয়াও মপান গুম্লবা,
খোংবাল-লুক্লাং অকুৎপা কৎতরবা মকমগী
উরেল লাবা মপাম্লি লৈরাং মগুণ য়াওত্রবা।
পামজবগী পাংনবা পানজরুবা শৈদানি,
শৈশক মথোং চাত্রবা শৈদম্বগী শৈশক্লি॥
শৈদম্বগী মমিংনি অপোবনা উবদা
লাইর কাদ ওইবগী পাংচাত্ত লমজাও নাতৈনি,—
মিংনা পুমতাম তামত্রবা লমজাও লমপাক অহৃদা,

খসঙ্গী মতমদা খেব পুংগী পুংথোংদা,
মপাই মনাই শিংহুনা লাপুক তৌনা লেপ্লবা।
মঙ্গনবা কী 'মদি নুরা খাংচেৎ তায়খাংন,
মঙ্গনবা অম' ইল, কীজেৎ অমা থাহুনা,
নুরা খুকউ অনিনা, সনা চিংগী লোক্
সেগরাক 'নি চুদা থোং, সনা চিংগী নাপোম্-গুম
পাম্বোম অনি মাংদা-থা, থম্বান লৈরিক কুম্বী
মুমাং' তাথা শল্লাংনে, শাইনোন, শাটনে অহুনা
মায়থোং লুকথরকপগী মাংদা জুম জুম তারকপা;
মায়থোং অহু য়েংবদা নোংচুপ থংবা চিংদোম্বা
কোরৌ তারমদায়হুদা—নোংন কুপ্প সুমিৎনি।
অমুবদি শল্লাংনা লুহুং লোমদা তাবদি
নোংনা মুনা হৌবগুম কম্প খেব-পুংথোংদা॥
থোইবাং অচৎ অওক্ত অথাপ্পদৈ য়েংবদা,
পাৎতোন খুন্দোল তাবগী লৈপন থকতা হৌরবা
হৈমু, চিংথ্রাও অনিনা পুঙান ঙান্না শাৎপগুম
উরে থাদোই মহাকপু। খেব-পুংথক-হুদগী
নোংয়াই চাওদম শাংদম্না পুংথোং তাম্ন-কুমথবা,
খুন্দোন লমদম কনাগী মন্দিরগুম ঙৌন-উই।
পুংথক মন্দির সুংদা পুংথোংদগী লৈরাংদো।
সুংশিনবা মুত্তিদা খুজোক থম্না কৎচরে।
নুরা মানা কমইবা থুমন মানা কুম্মকপা,
অনি অহু উবদা মনাই তরা মঙাদো'
পুম-মম্ ওইনা মমথরে—"কজরেদা অনিসে,"
থরৈ য়েংনৈ, ঙাংনদে! নোংয়াই পুঙ্গথোং য়োবদা
কম্ব ঙমদে থোইবীদো থম্না থকী ইশিংগুম
মালংবনা লেংবদা হকচাং অহু ইহাই-হাই॥

থোইবী মানস্থ কৌদে, উসিন্নদে খম্বস্থ ॥
"খুরাথোই ওইরে ঐদি, 'তোপ্পা ওইনা নিংউরে।—
কৈদৌরমই 'বুংঙোদে ?—ইচেথোই সেন্নুথোইদি
ময়াম লৈবা অহুদা হৈ লৈ খর খিসিরা
হায়দনা স্থম লৈরমই।" হায়না খুমই খম্বনা।
"লোই থারে হায়বসিদি তাক্লিবোইরেনা" নিংলৈ ॥
"খুরা 'থোইনা কৌবি'বু, করিগুম্বা ?—ইবুংঙো।
মনাও ইবুংঙো স্নায়াথং—ইবেম্মবু কবো'
লোই থারেনে অহুগী !—মনাও ইবুংঙো হায়'দে ?—
ইবেম্মগী পাবুংনে।—ইবেম্মা হায়বদি কনা ?"
হায়না নাইজহনবা, খম্বা অনি চিনগা চিনগা
স্নুম্মা লৈনরকপসি তাবদা অঙৈ' ওকই।
"হি। কৈনো বা অসিদে। মপুদদি ওমম্নগা
'থোইদা তাইনদোরিনা।" হায়না ময়াম কিনয়ে।
নাইজহনবনা "ঐথোইগী ইবেম্মা সনা হনবু
হায়বনিনে ইবুংঙো।—করি বা'নো খুরাবু,
নিংথো য়াওরবা বারা ? - য়াওদে। ঐগী ইয়ুমদা
লৈরবা মীবু কএম হায়না লোইদ-থারিবা ?
থোইবী কয়া শুবগে ? চাওমল্লিদা করিনো !
কদায়নো ইবেম্মদে ?—সিদা লৈরে ইবুংঙো ?
নংবু কিরহুননে পি গক শিকপ্রে।—কৈদগী
মহোয় মপা মচাসে লুপ্রবনি খুরাবু।"
হায়। খম্বই বাঙং 'সিদ ময়াম অহুস্থ পেল্লি,
মহৌশাগী নংত্তরে "হায়কৈ হায়কৈ" হায়নরে।
খম্বনা—"মজাইবেম্মাবু।—করি ওইরবনো ?—
কৈদনো ?" থোইবী খুমদে। "মজাইবেম্মা কৈদনো ?"
অহুরক হয়া হংই থোইবী স্নুকখুম খুমদরে ॥—

"কৈনো 'বেম্মা করিগী থুংদে। হৈয়াল-লায়া-গী,
শামু খোংলো তারুরে, মাহ্ হৌখিক ভমল্লোই।
নপাং ময়াম ভিনগদি হায়বত্নগী নহাক্না
হৈ নৈ থিগে হায়ল্লুন। চংলি ঐদি অসোমদা,
'ইপাম মুহুদা চংলগে' হায়না চংখয়ে ঙুগা,
লোইদা চংলে হায়বদি চাওমল্লি। কদায়কাওবা
চাওবগে য়েংগে ভসি, য়ুমদা থায়বা নত্রা?
করি অদুক উশিংঙে! ইপা ইমা। লৈরম্মে,
কদায়মোকো থন্‌বনে। ঐবু হৈৈপাক লৈভয়া?
মোইরাং-হায়বা অসিদি থুমন ঐগী ইম্মোই-নি।
মোইরাং চাওমল্লি থংউ! সুম্মা চংপ-হৌনবা,
লবাই ফোগং পুবগুম কাজেং চাকচা অহুদি,
লাইরবা ইমায়বু থুনবদি সিনববা?
সনা-লশা পাইহ্না চিংগে ভসি থাংউদো।
থুমন কোন্নুং য়োরগে নংবু হায়া থম্মুগে
ইচেম থয়, লমজাবু অমুক কোম্না লৌরগে॥
থাংউদো।" হায়না থুমন মানা ঙংববু,
তাংনি হায়বা থংখিত্রে থোইবী ফাওবা মম্‌থরে॥
"থুমন মানা শাওহ্না হৌজিক সিমক পুপ্রবা
মাঙেঙদকো ঐখোইদে। অঙাংসিগী মথুংঙ্ভই,
ঐখোই তরা মঙানা থোইবী মাবু মুল্লুবা ;
ইত্তিক ওইদে কয়মো!" হায়না ময়াম থয়রে।
নোংয়াই মূর্ত্তি উবদা তরা মঙা নিকথরে॥
নাইজহনবনা—"বুংঙো। শাওনু শাওনু হৌনদে।—
নিপা থোকপা থাম্মো-লাও।" হায়না নোংয়াই অঙাংদো
চরৈ পুমুম তাথংলে। অশাইনবৈদি থোইবী,
থজাননা লৈয়থি কিরে থাংগৈ শেংনমক্

"কয়ো তৌরিবসিবো" সুমনা থোইবী নিকখরে।
"মপা মচা মাম্বা" হায়না খম্বা ঙংলুনা
খুমন চোংসিনখিহনা 'থাদোই মখুৎ পায়গে'ঙি
খুমন মানা লামমকুই। থোইবী মখুৎ লোংখরে।
"হংবদদি খুমত্রগা করিগী খুৎ লোৎসিল্লী ?—
মীনা চিংগে তৌরগা" হায় খম্বনা, থোইবীনা—
"চুমই ঐনা তাক-অম্ত্রে। ননাই শিংদা হায়রঙগে,
সুম্মা ননাও খল্লুরে, ঐবু অ'ঙাম মযুমদা
চৎলো হায়রে। অচুদা ঐনা য়াদে ;
'নংনা ঐনা হায়ববু ইন্দে লোইদা পিরনি'
হায়না লোইদা ননাওবু থারকইবা অসিনি।
ঐনা হোরেন য়োবদা খুমল লৈপাক অচুনা
'য়েংগে য়েংগে' হায়নিদো লিক্‌-কোন শিবসু নত্তে।
চিংদবসু চৎচগে—ইপাই মনাইশা হল্লো।
তম্বিরুয়ো ইপাদা।" হায়রে মজা ইবেম্মা॥
নিপা তরা মঙাদো কৈসু তৌবা ঙমদরে,
লৈরে ইঙক ঙক্কুনা · সজি মচা শিংছুবু
পাম্ব মানা ফাবদা মপাংগন্দ লৈজদা
মপী শিংনা য়েংহুনা তঙক তঙক লৈবগুম।
খম্বা মরু লুক্কুনা ঙাহাক রাখন তৌ'নৈ—
"করে হুদি ইবেম্মা! ইসুং লা গী ওইর'দ
নুংা নভুং ইল্লকে হৌজিক মাক্তি চৎলয়োই,
লেংঙম-মোকো।" শায়রক্লে॥ মনাই তরা মঙাদো,
ইরুবমুক রাই-শংলে। মহোয় মশেল ওন্সিনৈ —
"চুমই-হাই, ইবেম্মনা খুমদবগী শাওবনি।—
করি বানোদা নংসু, নংনা ঐনা শাওরগা
খুব ঙম্বা মহোয়দে ?" সুম্মা ঙা'নৈ মম্বাংদো।

ময়ায়া—"ইবুঙ্গোতোন! শাওরন্থু ঙমিদ্রীজে।—
ঐ করিন্থু শাওজগে। লমজাই লাইবক খিরজি—
ইবেম্মা লুক হাবরকপা?—ঐ চাব ফারকঅরে,
নিংথৌরেন গোকপী ইমানা তবা চয়োম য়োক্লবই,
মাঙ চামিন্নরগা ননাও কবো য়োজগে।
থংলেন হান্না হাবিয়ু। ননাও মঙোল ওইনবা
লুকুম্ অহু থুজগে!—করে ইবেম্মা চাগে॥"
হায়রে চারে চয়োম-তু মাঙ লুকুম্ থুর্জরে।
চাক-তু চাব লোইবদা থোইবী মানা "ইবুংঙো
পাম্মু নাক্ত য়োদৌবা লৈরবদি ননাওবু,
তন্না য়োম্নরকপগী হায়গর-সে অসিদা
থাজরমগে, অহুগা থংলেন নংনা পাইরিবা
বা অসি ননাওদা, পাম্মু লমদা ওনবিয়ো।
ননাও লোইদা পুখিগে থংলেন নংনি হায়দুনা
য়েংজরগে পাপ-চেনবী!—তুদি করে ইবেম্মা;
লমজা থবাই মঙাসে চৈন্থ সিগী মমুংদা
হান্নগেকো, লোইনজ্রো। নংনা লাসি থারম্মু
বাগী মতেক ককথংপা সিনা ঐনা থারগে।
থুংগদবা লৈরবা অপাম-মুংশি নং ঐনা।
বাগা লাগা অনিসে কৌরসনু কৌজিকমক।
নুরা থারো ল, অসি ঐনা বাসি থাকগে॥
বাশংকুরে অনিনা। থাংজো মতোন অতুনা
পুংখোংঙ্গদা তৌরক্লে। থাদোই লাহু থারক্লে,
থুমন রাহু থাবদা—বাগা লাগা অনিদো,
থুদক অহুমক্তদা মতোন চোংলে কৌরক্লে॥
মপায় মনাই ময়ামদো পুমঙক ওইনা ঙক্লরে।
খোংযুম ইশেং শে বনি থঞ্জহুনা অনিগী

খুমাই উতুংদা লৌনবে মকোকথক্তা হাপরে ।।
লাগী বাগী খুদম্বা থুংনগনি উৎখরে,
থুংবমিস্থ হরাওদে থুংলমোইগী বাখিদে,
কাইনরবদাই মৈহুনা থবোই অনি চাক্লবা
নোংমদোন মৈরী কায়ক্রে য়েংহৈদরে অনিদো,
থুমন মাগী মায়থোংদো থাদোই য়েংবা ঙমক্তে,
নুংগী মায়থোং থম্বাল্ শাজো য়েংবা ঙমদরে ।
বাংলেন মিকুপ অমতং কায়নবদা চহিনি
কোয়ৌ শিংবুম অমতং শেৎনবদা কোটাম্থ
কম্ন ওইবা থম্বা স্থম্বা প্রেমগী মতাংনি ।
শেৎনবদি য়াদবা থাজ মাগা থাবন্‌গা,
থবাই হকচাং অনিনি, মশা মমি ওইবনি ।
নোংগা নোংথাং অহুগা ইরোই লোইনজবনু
তোংঙান তাবা মতমদা জগৎ পুম্বা মম্মক্লে ।
"করম কায়নর'সিগে থংলেন নংবো ;—ইবেম্মা ।
নুংশা নংবু করম্মা চৎলো হায়না ইচিমা
হায়রসিগে মুংশিবী ; নুংশা নংনা চৎপ্রগা
ঐনা করম লৈহৌনি ।" অনি সিনা বানবা,
বাদি ঙাংবা ঙম্মদা সংত্রিক সংত্রিক য়েংনরে !
মথৌ মথৌ ওইখরে নুংশা পাখং অনিদি
বারবস্থ বাসম্থ—অয়েংবনা বাখরে ।
মিৎনা য়েংই চাকথেকই খুৎনা থিম্ন তাকপদা
অম্বক বাইবু ঙাইনিংঙাই লৈখিদরে বাখরে ।
হায়নিংঙাই বাহৈদো মতিক চাবা লৈবিক্রে ।—
"ইবুংঙো ! লৈহৌরোকো !—ইবেম্মা লেংঙউখোকো !"
হেমদরে সিদগী মিন্ত পিনা তাখনা,
নোংজু থাগী লৈরাংগুম পুমচোৎ পুমচোৎ চোংলমে ।

মপাই মরাই শিং অদো থমোই মৈশুম শাররে।
থোইবা মবুক অহুদ। "রারুরগে ঐমক্তা
থংলেন লমন শিংগুগে।" থরুহুনা ইবেম্মা।
নোংয়াই থমোই কক্তুনা থাদোই মথোং থাংলক্লে;
কবে মায়কৈ ওললক্লে। সুরা' থরাই অহুদি
নোংয়াই মখুবাকতুদা চেক্লা মচা কাবগুম
শায়শিন্নুনা থমহোরে। পোলাং ওইবা থাদোইবলে
থোংকাপ থয় থাংদোকই, য়েংউরয়োই নিংবনু
ওমদে হয়া ময়েংই; থাদোই মায়থোং অহুনু
উবি' মথৈ য়েংহোরে—খুমন মাসু। চৎথরে,
পূনম চি গোন লৈশিনগ্রে থাদোই মশক উখিরে,
থনখিবদা চিংহুনা রা উরক্তবদা.
থেব-পূংগী পুংথোংদা খুমন মদোম রাম্থখি।
থাদোই হয়া য়েংবদা "থংলেন উখিদরেদো"
খম্বরুবা হুদগী পূনম চিংগোন অহুদা
লৈরাং মদোম কেনথরে; "মাঙেঙ কয়ো" হায়হুনা
মপায় মনাই শিংহুনা লোক্পী ইশিং শোক্তুনা
লরাই থক্ত। য়ৈরকই। "নোংয়াই অঙাং কৌমিরা"
থরবনু কৌখিদ্রে। সুম্ম ইগং থংনদা,
রাম্থনখি অনিদো। পাম্মু পাম্মু শেংনরে
সুংশি সুংশি কায়নরে জ্ঞান্দু লাক্লরবদা,
মচেং ভায়বা থমোই' মচৈ মচৈ পূনগ্রে
থাদোই মাসু চৎথরে নোংয়াই মাসু লৈহোরে॥
ইবেম্মনা লাকপসি ওমদ গুম্মক তরগা
মনাইশিংনা থয় সম্, দোলাই অমুক হেক তোংই।
থোংনা অমুক চৎ - অঙাওবা গুম য়েংহৈব্রে।
মথং মথং লাক্লকই মোন্দুম্ রাইথোং চৎতুনা

কান্নু চিংখায় য়োৎনা পোৎথাখ্রে, ইবেম্মা।
ইবেম্মনা মুংথক্তা কাখৎতুনা খাপকই—
"সুংশি থুংনগদবা লৈরবদি মুং-নংবু
ঐনা নেৎপা অসিদা পেৎলো।" হায়না নেৎপগ
সুংহ খোংগুন অনিদা পেৎলে। হৌজিক-কাও
খোংগুন অহ লৈহৌরি। অহৎনগী 'চুম লাকএ।
ককচিং খুজাও লাকতুনা সোরা চিংজিন য়োৎকলে,
কবো কাও-শঙ য়োৎকই কবো কোন্নুং চংখ্রে॥
ছুম্মা তৌরে হায়বদা তুম্মু নিংথৌ ওকখ্রে।
থোইবী মাবু ওকখ্রে। নাইজহনবা খুৎতগী
চিঠি কংলে নিংথৌনা। অহানব পাব-চিঠি
মরোন চুদা শাওহুনা—তুম্মু রাকপা শেগাইরে
অমুক অমা পাবদি—"ঐদি যুবরাজনি,
মংদি নিংথৌ কৌইদো। নংগীদনা সুংঙাইনি।
অচম্বা ইচা নত্তে গুন্ রায়্যা লৈবনিকো।
মানা করিগুম্বদা শাওব-লাকপা থোক্ক-অদি
কবো লৈপাক তুমগনি নিংথিনা নচা য়োকউ।
ইচায় দোষা কত্তেদো, অহৎগীস্থ কোয়্‌বা।"
মরোন অসি উবদা তুম্মু নিংথৌ হয়াওরে।
মহারাণী খোয়রক্লে চংনিংথোম্বী খুংঙরে।
কবো'ওম্বা তিম্মরে। কবো পুংজাও য়ৈখরে।
লৈপাক প্রজা থুংঙরে।—"ঐনা পোকপ ইচানি,
মচা লৈজদবগী মোইরাং নিংথৌ, মনাওপা
অনি' য়োকচখিবনি নিজহুনা ঐঙোন্দে।
কবো শিঙাক শিগেবু লেংঙকপনি ইচাদি।
য়েংউ ক্লেংউ ইচাবু, লমচৎ রাহৈ কায়বদা
মাথা নত্তে খংউকো। কবো নথোয় মাংজনি।"

হায়না পুখোকলহনা থোইবী মাবু উহল্লে ॥
"কবো কাব্রং নিংথিবা লংগি চাক্লেং মাংথৈখক,
নতায় থোঙতা কৎচয়ো" হায়রে তুম্মু নিংথৌবা।
চংনিংখোম্বী মচানা কৎলে পিরে থোইবীদা।
"হত্তা ইবেম্মা ঐদি, ইত্তায় সেবা তৌজগে
লাকচবনি—হায়হৈদে, ঐনা সেবা তৌজনি।"
অনি সুম্না হায়নদ্রে। চংনিং-পোকপী মমানা—
"ইমোম 'বেম্মা ইচাপী-চেংলৌ 'মুক্তা য়েংজগে।
চৎসি হায়'বু, নপানা—হোয়েন হয়েং তৌহনা
লৈবদগী হৌজিক্তি ইচা লাকপনা হাল্লে।
ইচায় চেংলৌ অসিবু লাইজগুম্না থৌরাংবা
মতম কুইরে সুংঙাইরে।" হায়না পমল্লে থোইবীবু ॥
কবো-লায়া লাশংসু সেম্বী-লায়া-লাদোংসু
মহারাণী মচাবু লোক্লৌ কোম চুপখরে।
কবো কুযৈ তৌহনা মপাই মনাই ময়ামু
তুম্মু নিংথৌ মপানা হয়াও তয়াম উহল্লে।
সুম্না মজা ইবেম্মা, সনাই চৎপই রাবতু
পোৎথারে। তুম্মু নিংথৌনা " 'ঙম্বা নংনা লাকইতৈ,
পুবিথরো লোইপোৎসি ঐথোই কুমশি অসিগী।"
হায়না লোইপোৎ শিন্নরে ॥ সুম্না মানা খম্বগী
মমাত্তোন সেম্মু থ্বাইসিগী শরুক শরুক থায়হনা
কাব্রং শিংতু য়োমখরে। মনাই নাইজহনবদা
শিন্নখরে ইবেম্মা। কবো সনা থোং কাওবা
মপায় মনাই থিন্দোকউ। মপী কায়নহৌরবা
সনাও শিংনা তৌখঙম—"ইপাই মনাই ইপুথোই
য়োথিয়োকো, নত্তুদি, লৈহৌরেদো।" হায়হনা
ইবেম্মনা কপহৌই। সুম্না ইবেম্মা ইপু-থোই,
য়োয়েদকো" হায়হনা কপ্প কপ্প চঙখরে ॥

---

৫

## খোইরৌনা কবোদা থুংবা

লমতা হায়বা থাজগী তরুকনি পানবা মুন্না
কবো পুংদা য়োৗথরে। ভুমু নিংথৌ সংগাইগী
অরাং থংবা মতুদা 'হন্‌বা সংগাই শাহুনা
সনা মণি মুক্তানা লৈতেং শেমই থাদোইগী,
চংনিং খোঙ্গী মতানে থাদোই মানা লৈমিমৈ।
লৈরাং মখোক অমদা সনাই থম্বান অনিনা
থাবাংননা শাৎপগুম নিংথিখরে কোম্মুংদো ॥
ইবেম্মনা তোঙান-চাই, চংনিংখোঙ্গী মতাদি
মনাই পোংম্মু কৌবিগা অনি অমা পুন্না চায়।
থুংঙবগী মুমিৎতা ইবেম্মবু উথিবা
হুদৈ হেন্না কনাম্নু উব ফংদে খোইবৌবু।
সনা হকচাং অহুদা মমন্ য়াম্ব-মণিবু
চরৈ মানা য়োম্বগুম ফীরু থুম্ন' তাক্ত-লৈ।
পাম্মু মৈন ফংবগী, যোইরাং মরৈবাক—ভুবু
কায়নরকপা অহুনে মুংঙাই' কৌবা লৈতরে।।
যোইরাং হায়বা লৈপাকম্নু মুরা কায়নখিবদা
থাম্বী ওইনা চাকহৌই। হায়রুহুনা কাম্নদে
মনাই সেম্মু, মনম্মা থম্ন্ মানা বাখিবা।
যোইরাং হায়বা লৈবাক-সি মমুং শেংদ-হকচাংগুম
মুমিৎ থোক্ত মতমগুম কুচু ইথোক থোকখিদ্রে ॥
কবো মৌরৈ পুংহুদা খোইবৌ মানা লৈরকপা
মুমিৎ মশক উদবা লৈরাং থম্বাল অমদি
থাজ মশক উদবা শিতেন থরো নদৌগুম
কোরৌ থয় ওইবক্রে, শজিবু থা চন্দক্রে ॥

চংনিংখোম্বী মতানা—"মোইরাং ইতা অসিবু
নোংমই স্নুমিৎ অমতা কীরু অসি হাংদোক্তে,
থুং-ঙোন খোং-দোন খরদং উবসিদই হেন্দরে।
শাওং অসি য়েংবদি পুক্নিং অসি হুইদকো।
মান থুংঙ-স্নুমিৎতা উখিবস্থু, অহানবা
উনবদী ওইহনা ইলাং-লাংখি মুংঙাইতে।
করম হাংলোকহনসিবা।" খনপ্রে চংনিং খোম্বীনা
চংনিংখোম্বী হায়রকই—"ইভাবেম্মা তাবিয়ু—
ইত্তা'খোইগী অসোমদা কাং সিবু শায়দরা?
করি কুইম্ন তৌবগে সজিবু কৌবা থাসিদা?—
ইভাই-বেম্মা শাম্নেদো, নিংঙোন চাকচা হৈজানৈ।।—
হুদি ইতা ইবেম্মা! 'খোইস্নু শায়ে মায়রে।
ইতা! কাং শায়সিনে।।—চুমই ইতা! অহবু
য়াজ দণ্ডি কংহুনা লাকইবনি নতাদি।
ঐনা হয়াও তম্নাম-ঙৌ কাং শায়রুরগা
অউবনা তম্মুয়ো। খংব ঙমদে হয়েং'মুক
দণ্ডি তৌগে হায়নিদো। দণ্ডি সিস্থ মরাইয়ে।
ঐগী ইবুংঙো অদো চাফম্ থককম খংদনা,
লৈহৌরিদো য়ানলে। হোরেল মঙদা উব-থোক,
হংঙো হয়েং ঐঙোম্দা—মীনম্বদি হৌনদা,
শাটয় হায়নি, মাহুদা 'ঐদি নংগীদমক্তা
কয়া য়ানা লৈপ্রবা. হুগা নংদি কাং-শাটয়'
হায়না শাওব-খোক্রদি মাঙেঙদকো ঐকাক্তে।।—
কৈনো ইতা ইবেম্মা! নংনদৌগুম ঐস্নুনে,
অয়াবঙাক লৈরিদো—অয়াবস্থু কোকুবা,
অবা পোথানবগী হায়রুবনি শায়সি।—
চুমই ইতা মাসিদা ইভাগীদি য়ায়'স্থ

শক শক উনৈদো নরৈপাক্তি ওইখনা,
এদি মাহ্ থোক্কেদো ॥" হায়ত্রে থোইবীনা ।।
চংনিংখোম্বী সুংঙাইত্তে। ইবেম্মগি নিংথিবা,
সনা হকচাং অহুবু, চয়ৈ ম্যানা কুপইবা—
খুৎন-মেৎন শাবগুম—মমুংগীদি শাওংনা
ফ জ হায়বদি মথং মমিৎনদি উথিদা—
চ র মথৌ ওইমথৈ শাওং অহু খনজিনগে
হোৎনজবা চুনস্থ মাংহনবদি হেক ঙমদা ।—
চানিংবদি পোৎচুদা কংহনদবা লম্বীবু
চয়ে মানা ওইহুনা স্থম্না থম্বি শাবান্দো।
লৈরাংশিংনা শাৎপদা মালংবনা মনম্হু
যেল্লুবদা খোইমুনা লৈরাং মাবু খৌরাংবা
মঙৌগুম লাংথয়ে শাবান অহু উবদা ॥
ইবেম্মদি খল্লুদে—চংনিং মানা পাম্বদি—
সনা হকচাং অহুগী নিংথিজবা অহুনা
খেংজ ঙাজ তৌহুনা হিপমিন চামিমহুনা
লোয়নজবা পামজরি,—খৌরাংবনি অসিগী ॥
করম তৌরে হায়রগা হংগোইনরোইদদগে
অসিতগী খনখয়ে ! নমজা হাজানহুনা,
তিয়বস্থ ঙমজদে, মবেম্মগী রাশিনা
খোয়ুম মাদি ওইবগী ; চংনিং বাখন তৌখয়ে ॥
তুমুয়াকপা মপাদা হংগৎলগে চংলক্লে—
"পম্বো এবু।—ইবেম্মা ! ইমোম করি হায়গগে ?—"
হংবিরমই মপানা। চংনিং মানা—"পম্বোবু !
মোইরাং ইতা অসিবু সন্তোনি হায়বা তাজে এ।
কজে করি অমতা কায়দে লমচৎ বাহৈদা।
মানা লাকপা মুমিৎচই ঙসি ফাওবা কৌরুদি

হাইদোক্তরে অসিনা মাগী মশক খংদরে।
উনিংখরে নমোমদি। নিংথিজনা শকু উত্রি।
শক-ত উগে হায়বগী কাং-শারসিস্থ হৌরে।
য়াদে হুন্র মহাক্না। ঐনা হয়েং থোইরাংদা—
চৎলু থোংলু থোক্লদি মাদি ঐবু খংগনি
ঐদি মাবু খঙরোই মানা হোরেন কোবিরো।
শক-তু খংদবনিনা পাকু-হেক থুংবা ওম্মরোই।
থিল্লবদি ঐগীদি সত্তী ওইবা মাঙোন্দা
থোক্লগনি লংজবা, পঙ্ছো ঐাদ মাংলেদো!
শক খংদবসি সুংঙাইতে শক অমুক্তা খংজগে॥
সুংশিদা ইচাই রালে! চুমই ইমোম রাখনদো।
ইপা লাকে চৎলমমো—মতোম হুন্দোক্লম্বরা?—
ননাই পোংসু লৈহোই।" হায়নে চ'নিং চংখরে॥
লৈরাং অনি শাৎপগুম হৈয়াং আনি পানবগুম
থাজ অনি থোকপগুম কোয়ৌ অনি শুবগুম
থোইবী চংনিং অনিনা নুরা সংগাই সুংদা লৈ।
ভুমুয়াকপা থুংওরে—মপান্দগী কোয়কই,—
"নুয়া ইমোম ইবেম্মা। ইচাশিংবু লৈতরা?—
পঙ্ছো ইবুংঙো লৈ 'থোই।" হায়না থুমই অনিনা
চংলক্লনা য়পানা—"চংনিং কৈনো, নতাবু,
সুংঙক সুংজাননা উই। মনিং থুংদ-লৈবরা?—
কপাই-ইবুংঙো ইতানা থোইদোকপা তাকপিবদি
লৈতে নমোম ঐঙোন্দা। লৈজবমথে কৎলি!
কম্বা সনা পুক্লিংদা—নচা অপংবীনিনা
উজবদি ওমদয়ে।" হায়। থোইবী ইবেম্মদা,—
"ইপাই বেম্মা কম্বিনো কৈদা ননিং থুংদবা?
ইপা নপা 'মতনি। চানিং শেৎনিংব'পুম্বা,

করি চিংদৈ ইবেম্মা। ওম্বা মথৈ ইপানা
নংগীদমক চেনগনি। ইপাই সিদা বাৎলগা
অরৈবদগী থিনি, লৈরোই হায়বা খল্লুম্ন।
ইমোম থোইবী হায়ুদো।" তাকপিল্লুরে তুমু-না ॥
তুমু মরা তাবদা পেঞ্জখরে থাদোইনা—
পলেম পম্বৌ অনিনে, মুয়া ইত্তা ইবেম্মা!
অঙুম সিনা লৈরিংও নচাই করি বাংকনি।
নমোম মোইরাং লমদমদা পম্বৌ! অমুক মুংঙাইতে।
নচা ঐনা বারুবা—ঐবু পোকপী ইমাদো,
ইচেম ইনাও লৈজদে নমোম ইদোম পোকপীনি।
নমোম ঐনা ইমাগী হৈরাং কৈথেন কবোক্-তই।
তম্বী লু-নাইদরবী তিম্ব্রাক ম্বাংদো চোংবগুম
নচা ঐগীদমক্তা বারিগনি ইমাদো।
তুম্ব-হিপ্প চাবদা কৌরিগনি ঐহাকপু!
কপ্পরিনি ইমাদো নচা' খম্ব ওবদরে ॥
নচা ঐগী চান্নবী কোলোই খম্বু কৌখিদো,
ইনম্ব-কৌজৈ নমোম্বা—সেমু কৌবী নচাগী
ইত্তা অমা লৈহোই। বাররিনি অনিদো,
ইশক উদরবদা। মুজা অছম অসিবু
নমোম খম্ব' ওবদরে। অসিতগী চিন্তানি।
অতৈ 'মগী নংচদে নচাই করি বাংচদে!"
হংগৎলকই থোইবীনা। তুমুরাকপা মপানা—
"ইচাই বাসি তাবদি ইমোম ইবেম্মা বাইদা!
হৌনবনি ইমাও! বায়ম্ন ইচাসিদি।
চাংথকপা হাওব্রবম্ন 'হাওই' হায়বা তাবদা
ইপা পুক্লিং মুংঙাইরে। ইপাই লৈপাক অসিদি
মাইকবদি ওইরেল্লা মুত্না নংনা লাকপনা।

স্বম্মা নিংই, চিংনম্নু। ইচায় গুণ ইপা উরে।—
চংনিং! নভাই মতৌসে, ভমজো নহাই অপংবী!
পোংম্নু হায়বী কোজোকৃথোক। নপু ননাই থংজহৌ।
চংনিং। নবেম্ম সিনা থংত্রবম্নু নহাক্লা,
থংদে হায়ু কাওগম্নু।" হায়বি মপানা, চংনিং
মপা য়েংহুনা—"পম্হৌ! ভমজরি 'থোইনা থোইনা।
অহুম'স্নুম ওইরবদা মপুং কাত্রে!—হি। করি?
নহোয় অনি হংবদা তাকপিদরবনয়া?—
মাহু নত্তে ইতাগী মায়থোং উব-কংদরে?
লেংঙকপা মুমিংতগী ফীরু থুম্মি ঙসি-ফাও।
হকচাং মপুং ফানা 'থোই 'মুক্তা উবা কংজত্রি,
লৌবদা মচেৎ ওইরে।—হীঃ করি বানো হুদে।
নংদি ফীরু হাংদোকজ্রা?—ইপা ইবুংঙো!—তৌম্নু
মাহু তৌবা হৌনদে হকচাং কুচু মাঙঙনি।
মুংশিৎ মুংশা চাহল্লু।—অজ্ঞা তৌজগনি।—
ইপা' তাকপা নত্তেকো নিংশিংবনি ইবেম্মা।—
হাই হাই চংনিং-পোংম্নু-সে, ইচা ফিক্ক থুম্মরোই।—
মনাই মুপী অনিসে থিৎ তাকপি তিকপিয়ুকো।—
ইপা ইবুংঙো।—'হুগা, ইপাবু বা অমতং?—
পম্হৌ 'বুংঙো তাকপিসি?—কুমচৎ'সিদা ইপাবু,
কুমৈ হেক হেক য়েংইনে, হয়েং কুমৈ হৌরনি,
নতাগা নংগা থোকউনে কুমৈ য়েংঙ্ক, মাসিদা
ইপা নিংব'মা লৈরে, মাসি নংনা থুংহল্লু!
—ইপাই-বুংঙো তাকপিয়ু?—সৈত্ত লৈবা ইচানি
ইচা' বাশক্লবদি শোইদরে স্বম্মা নিংই ইপানা।"
স্বম্মা মচায় প্রেম'হুদা তাঙনা ঙাংঙকপহুদা
পেনত্রে থোইবী ইবেম্মা।—"পম্হৌ'বুংঙো নমোম্নু

সৈন্ত কৌবা লাই-হুনা সাধী ওইব ওইসন্ থু।
ইথুং ককউ ককচগে, ইপাই'বুংঙো তাকপিসি।
নমোম লেপ্ন ইনজগে।" য়াজখরে থোইবীনা॥
ভুমুয়াকপা পেজরে—"ইমোম 'বেম্মা নুংঙাইদা,
ইপা' লোইনা লাংজনি, নত্তিক নপাদি চারোই।
অহুমকপু ইপানা য়েংনিংখরে ইচাগী
কুমৈ অহু কুমাসদি। মতুং উব কংগনি,
কঙেঙাই খংদে ইপানা। মাংলোক কমেন কষাইনা
কাং শাম্নৌ ইবেম্মা।" হায়রকপহু তাজরে।
"ইতা চংনিংখোম্বীনা মশামনিংঙহনা,
হায়রবোইরে" খংখরে। ইবেম্মনা চংনিংদা—
"ইতাইবেম্মা করিনো। অসাই য়াদে, কৈদোংগে
চাহাক লৈরে মহায়নি ঐনা করি য়াদনি।
সিগীদমক পম্বোদা করি হংগৎলুবগে?
পম্বৌ 'বুংঙো নচাবু থোইবী লাকউ কৌরগা
কাং শাম্নৌ তাকপিরগা লোইরে; করি লৈতে।
সিগীদমক ইপানা সনা খোংলেঙঙকপদি
মত্তিক চাদে। নচাদি কাংবু হৈবু হৈজদে।
পনকদবা য়াখংদি ইপাইবুংঙোই খোজামি
শায়জনি কৈদোংগে॥—করে; ইপা মুংঙাইরে;
শানৌ ইবেম্মা থোইবী।" হায়রম্লগা হনখরে।
ংনিংচ মানা হংগৎলে, ভুমুয়াকপা য়াখংনা
য়েরে কবো পুংজাওদো। কবো লোইনা তাখরে।
লৈপাক লোইনা তিন্নরে—কৈনো কৈনো?—অসিসি—
অবাবা বাগী নত্তে; য়ুমখোং মঙাই মমুংদা
য়ুম্‌শংবা অমমম্‌দা খম্বু অতৈ লোইন-কাও।
ইচা অদি হয়েংদি লিঙোল কাং-শায়গনি।—

মায়গোই ইত্তোপ-তোম্ম ইচা অনিগী কাংনি।
ইচা থোইবী কৌরবা ঐনা পোকপী অহুবু
নহান মথৈ, ইতাগুনি, চিংখু-যুবরাজনা
য়োকচথিবা ইমোম্মি। হন্দক লাক্লে ঐগীদা! –
ছিঃ করি বাদো সিদে, ননাই ঐথোই তাবাদ,....
"লমহেন্নি হায়ব-ইন্নে কবো লোইদা চংখরে।"
হায়না মাবু লাকপনি স্থম্ম' তাইনা এথোইদে।–
দং! করি ইচামক্লি। ইতাওদি মচা পোক্তে।
নিজবনি ঐতোন-দই। কবো নচিন চোম্মবা!
স্বপা তাসি অমতা ঐগী মা-দা তারবা,
কবো নথৈ ককনি। থোইবাংদা ঐনা পোকপা,
ইচানি থক্তো কবো! কবো লমচং তাকপিক্ল
থায়কপনি ইতাওনা, ঐনম্ম কৌজবগা।
হয়েং ইম্নুং তানকুংবা তত্তা খুংতো আসদা।
হম্মু হনা খাকম্মু।" য়াথং তৌরে তুম্মু-না।।

— —

# ৫

# থোইবীনা কবোদা থুংবা

লমতা হায়বা থাজগী তরুকনি পানবা হুদা
কবো পুংদা য়োৗথরে। তুম্ নিংথৌ সংগাইগী
অরাং থংবা মক্তদা 'হন্বা সংগাই শাহনা
সনা মণি মুক্তানা লৈতেং শেমই .. াদোইগী,
চংনিং খোম্বী মতানে থাদোই মানা লৈমিন্নে।
লৈরাং মখোক অমদা সনাই থম্বান অমিনা
খাবাংনবা শাৎপগুম নিংথিখরে কোম্নুংদো॥
ইবেম্মনা. তোঙান-চায়, চংনিংখোম্বী মতাদি
মনাই পোংনু কৌবিগা অনি অমা পুন্না-চায়।
থুংঙবগী মুমিৎতা ইবেম্মবু উথিবা
তুদৈ হেন্না কনাম্নু উব ফংদে থোইবীবু।
সনা হকচাং অতুদা মমন, য়াম্ব-মণিবু
চরৈ মানা য়োম্বগুম ফীরু খুন্না' ঙাক্ত-লৈ।
পাম্মু মৈন ফংবগী, মোইরাং মরৈবাক-তুবু
কায়নরকপা অতুনে মুংঙাই' কৌবা লৈতরে॥
মৌইরাং হায়বা লৈপাকম্নু নূরা কাইনখিবদা
খাম্বী ওইনা চাকহৌই। হায়রুতুনা কাম্নদে
মনাই সেম্নু, মনম্মা থম্নু, মানা থাখিবা!
মোইরাং হায়বা লৈবাক-সি মন্নুং শেংদ হকচাংগুম
মুমিৎ থোক্ত মতমগুম কুচু ইথোক থোকপিদে॥
কবো মীরৈ পুংহুদা থোইবী মানা লৈরকপা
মুমিৎ মশক উদবা লৈয়াং থম্বাল অমদি
থাজ মশক উদবা শিঙেন থরোনদৌগুম

কোরৌ খর ওইরক্লে, সজিবু থা চংলক্লে।
চংনিংখোম্বী মন্তানা—"মোইরাং ইতা অসিবু
নোংমই মুমিং অমতা ফীরু অসি হাংদোক্তে,
খুৎ-তোন খোং দোন খবদং উবসিদই হেন্দরে।
শাওং অসি য়েংবদি পুক্লিং অসি হুইদকো।
মানা থুংও-মুমিংতা উখিবস্থ, অহানবা
উনবদী ওইদুনা ইলাং-লাংখি মুংঙাইতে।
কবম হাংদোকহনসিবা।" খনগ্রে চংনিং খোম্বীনা।
চংনিংখোম্বী হায়রকই—"ইতাইবেম্মা তাবিয়ু-
ইতা'খোইগী অসোমদা কাং-সিবু শান্নদরা?
কবি কুম্মে তৌবগে সজিবু কোবা থাসিদা?—
ইতাই-বেম্মা শান্নেদো, নিংঙোন চাকচা হৈজানৈ॥—
তুদি ইতা ইবেম্মা! 'খোইস্থু শান্নে মান্নবে।
ইতা! কাং শান্নসিনে।—চুমই ইতা! অহুবু,
রাজ দণ্ডি ফংদুনা লাকইবনি নত্তাদি।
ঐনা হরাও তযাম-তৌ কাং শান্নরুরগা
অউবনা তম্মুবো। খংব ঙমদে হয়েং'মুক
দণ্ডি তৌগে হায়নিদো। দণ্ডি সিস্থ মরাইরে।
ঐগী ইবুংঙো অদো চাকম্ থকফম খংদনা
লৈহৌরিদো বাননে। হোরেল মঙদা উব থোক,
হংঙো হয়েং ঐঙোন্দা—মীনম্বদি হৌনদা,
শান্নে হায়নি, মাতুদা 'ঐদি নংগীদমক্তা
কয়া বানা লৈগ্রবা, তুগা নংদি কাং-শান্নে"
হায়না শাওব-থোক্লদি মাঙেওদকো ঐহাক্তে!!—
কৈনো ইতা ইবেম্মা! নংনদোওম ঐম্মুনে,
অবাবঙাক লৈরিদো—অবাবমু কোক্লবা,
অবা পোথানবগী হায়রুবনি শান্নসি।—

চুমই ইত্তা মাসিদা ইতাগীদি ৱারশু
শক-শক উনৈদো ময়েপাক্তি ওইবনা,
ঐদি মাহ্ থোক্কেদো।" হায়রে য়াদ্রে থোইবীনা।।
চংনিংখোম্বী মুংভাইতে। ইবেম্মগি নিংথিবা,
সনা হকচাং অহুবু, চরৈ মানা কুপইবা—
খুৎন-মেৎন শাবগুম—মসুংগীদি শাওংনা
ফজে হায়বদি মথং মমিংনদি উথিদা—
চরৈ মখো ওইমখৈ শাওং অহু খনজিনগে
হোৎনজবা চুনস্থ মাংহনবদি হেক-গুমদা।—
চানিংবদি পোৎতুদা ফংহনদবা লম্বীবু
চরৈ মানা ওইহনা সুম্না থম্মি শাবান্দো।
লৈরাংশিংনা শাৎপদা মালংবনা মনমহ্
য়েল্লবদা থোইমুনা লৈরাং মাবু খোৗরাংবা
মতৌহ্গুম লাংখরে শাবান অহু উবদা।।
ইবেম্মদি খল্লদে- চংনিং মানা পাম্বদি—
সনা হকচাং অহুগী নিংথিজবা অহুদা
থেংজ ভাজ তৌহনা হিপমিন চামিন্নহনা
লোয়নজবা পামজরি.—খোৗরাংবনি অসিগী।।
করম তৌরে হায়রগা হংগোইনরোইদদগে
অসিতগী খনখরে। নমজা হাজানহনা,
তিন্নবস্থ ভমজদে, মবেম্মগী রাশিনা
থোয়ুম মাদি ওইবগী; চংনিং-মাখম তৌখরে।।
তুমুরাকপা মপাদা হংগৎলগে চংলক্লে—
"পম্মো ঐবু।—ইবেম্মা! ইমোম করি হায়গগে?—"
হংবিরমই মপানা। চংনিং মানা—"পম্মোবু!
মোইরাং ইত্তা অসিবু সত্তীনি হায়বা ভাজে ঐ।
ফজে করি অমত্তা কায়দে লমচৎ রাহেদা।

মান্না লাকপা নুমিৎতই ঙসি কাওব কীকদি
হাইদোক্নরে অসিনা মাগী মশক খংনরে।
উনিংখবে নমোমদ্রি। নিংখিজনা শক্ উত্রি।
শক-ত উগে হাযবগী কাং-শাম্নসিন্নু হৌরে।
যাদে তুন্নু মহাক্না। ঐনা হয়েং মোইরাংদা।—
চৎলু খোংলু থোক্লদি মাদি ঐবু খংগনি
ঐদি মাবু খঙবোই মান্না হোরেন কৌবিরো।
শক-তু খংদবনিনা পাক্-হেক খুম্বা ঙম্মরোই।
থিল্লবদি ঐগীদি সতী ওইবী মাঙোন্দা
থোক্লগনি লংজবা, পম্মৌ ঐদি মাংলেদো!
শক খংদবসি নুংঙাইতে শক অমুক্তা খংজগে॥—
নুংশিদা ইচাই ব্রাসে! চুমই ইমোম ব্রাখনদো।
ইপা লাক্কে চৎলমমো—মত্তোম হুন্দোক্লম্বরা?—
ননাই পোংনু লৈহৌই।" হাযন চংনিং চৎখরে।।
লৈরাং অনি শাৎপগুম হৈরাং অনি পানবগুম
থাজ অনি থোকপগুম কোবৌ অনি শুবগুম
থোইবী চংনিং অনিনা নূবা সংগাই নুংদা লৈ।
তুমুরাকপা থুংঙরে মপান্নগী কৌরকই,—
"নূরা ইমোম ইবেম্মা! ইচাশিংবু লৈতরা?—
পম্মৌ ইবুংঙো লৈ 'থোই।" হায়না খুমই অনিমা।
চংলক্নুনা মপামা—"চংনিং কৈনো, নত্তাবু,
নুংস্থক নুংজাননা উই! মনিং থুংদ-লৈবরা?—
ইপাই-বুংঙো ইতানা থোইদোকপা তাকপিবদি
লৈতে নমোম ঐঙোন্দা। লৈজবমখৈ কংলি!
কম্বা সনা পুক্লিংদা—নচা অপংবীনিনা
উজবদি ঙমদরে।" হায়। থোইবী ইবেম্মদা,—
"ইপাই বেম্মা করিনো কৈদা ননিং থুংদবা?

ইপা নপা 'মতনি। চানিং শেংনিংব'পুম্বা,
করি চিংনৈ ইবেম্ম। ঙম্বা মথে ইপানা
নংগীদমক চেনগনি। ইপাই সিদা রাংলগা
অৱৈবদগী থিনি, লৈরোই হায়বা খল্লম্মু।
ইমোম থোইবী হায়দো।" তাকপিরুরে তুমু-না॥
তুমু মৱা তাবদা পেঞ্জখরে থাদোইনা—
পলেম পম্থৌ অনিনে, নুৱা ইত্তা ইবেম্মা!
অহুম সিনঃ লৈরিঙৈ নচাই করি রাংকনি।
নমোম মোইরাং লমদমদা পম্থৌ! অম্লুক মুংঙাইতে।
নচা ঐনা রারুবা—ঐবু পোকপী ইমাদো,
ইচেম ইনাও লেজদে নমোম ইদোম পোকপীনি।
নমোম ঐনা ইমাগী হৈরাং কৈথেন কবোক্-ওই।
ভিন্বী ল-নাইদরবী তিম্লোক য়াংদৌ চোংবগুম
নচা ঐগীদমক্তা রারিগনি ইমাদো।
তুম্ব-হিপ্প চাবদা কৌরিগনি ঐহাকপু!
কপ্পরিনি ইমাদো নচা' খন্দ ঙমদরে!!
নচা ঐগী চান্নবী কোলোই খম্ভু কৌবিদো,
ইনম্ম-কৌজে নমোম্মা—সেন্নু কৌবী নচাগী
ইত্তা অমা লৈহৌই। রারম্বিনি অনিদো,
ইশক উদরবদা। মুজা অহুম অসিবু
নমোম খন্দ' ঙমদরে। অসিতগী চিন্তানি।
অতৈ 'মগী নংচদে নচাই করি রাংচদে।"
হংগৎলকই থোইবীনা। তুমুরাকপা মপানা—
"ইচাই রাসি তাবদি ইমোম ইবেম্মা রাইদা!
হৌরবনি ইমাও! রারম্মু ইচাসিদি।
চা-থকপ হাওরবসু 'হাওই' হায়বা তাবদা
ইপাই পুক্লিং মুংঙাইরে। ইপাই লৈপাক অসিদি

য়াইফবদি ওইরেদো নুরা নংনা লাকপনা।
সুম্না নিংই, চিংনমু। ইচায় গুণ—ইপা উরে।—
চংনিং! নত্তাই মতৌসে, ভমজোনহাই অপংবী!
পোংমু হায়বী কোজাক্থোক্! নপু ননাই খংজহৌ।
চংনিং! নবেম্মসিনা খংত্ররবমু নহাক্না,
খংদে হায়মু কাওগমু।” হায়বি মপানা; চংনিং
মপা য়েংহুনা—“পম্হৌ! তমজরি 'খোইনা থোইনা।
অতুম'সুম ওইরবদা মপুং ফাদ্রে! ত্তি! করি?
নহোয় অনি হংবদা তকাপিদরবনরা? -
মাহু নত্তে ইতাগী মায়থোং উব-ফংদরে?
লেংঙকপা মুমিংতগী কীরু খুম্মি ঙসি-ফাও।
হকচাং মপুং ফানা 'খোই 'মুক্তা উবা ফংজদ্রি,
লৌবদা মচেৎ ওইরে।—হী: করি য়ানো হুদে!
নংদি কীরু হাংদোকত্রা?—ইপা ইবুংঙো!—তৌমু
মহু তৌবা হৌনদে হকচাং কুচু মাঙঙনি।
মুংশিৎ মুংশা চাহল্লু।—অজ্ঞা তৌজগনি।—
ইপা' ভাকপা নত্তেকো নিংশিংবনি ইবেম্মা।—
হাই হাই চংনিং-পোংমু-সে, ইচা কিরু খুম্মরোই।—
ননাই মুপী অনিসে খিৎ তাকপি ত্তিকপিয়ুকো। -
ইপা ইবুংঙো। - 'তুগা, ইপাবু য়া অমতং?—
পম্হৌ 'বুংঙো তাকপিসি? - কুমচৎ'সিদা ইপাবু,
কুমৈ হেক হেক য়েংইনে, হয়েং কুমৈ হৌরনি,
নতাগা নংগা থোকউনে কুমৈ য়েংউ, য়াসিদা
ইপা নিংব'মা লৈরে, মাসি নংনা খুংহল্লু!
— ইপাই-বুঙো তাকপিয়ু? - লৈত লৈবী ইচানি
ইচা' য়াশক্লবদি শোইদরে সুম্না নিংই ইপানা।”

পেনগ্রে থোইবী ইবেম্মা। —"পম্ভৌ'বুংগো নমোম্ব,
সৈস্ত কৌবা লাই-তুনা সাথী ওইবা ওইসন্থু !
ইখুৎ-ককউ ককচগে, ইপাই'বুংগো ভাকপিসি।
নমোম লেপ্প ইশজগে।" য়াজখবে থোইবীনা॥
তুমুবাকপা পেঞ্জয়ে—"ইমোম 'বেম্মা মুংঙাইদা,
ইপা' লোইনা লাংজনি, মতিক নপাদি চারোই।
অতুমকপু ইপানা য়েংনিংখরে ইচাগী
কুমৈ অত্থু কুমসিদি। মতুং উব ফংগনি,
ফঙেঙাই খংদে ইপানা। মাংসোক ফমেন ফমতুনা
কাং শাম্নৌ ইবেম্মা।" হায়রকপদু তাজরে।
"ইতা চংনিংখোম্বীনা মশান্ননিংঙতুনা,
হায়ববোইরে" খংখরে। ইবেম্মনা চংনিংদা—
"ইতাইবেম্মা করিনো! অসাই য়াদে, কৈদোগে
ঙাহাক লৈর মহায়নি ঐনা করি য়াদনি।
সিগীদমক পম্ভৌদা করি হংগৎলুবগে?
পম্ভৌ 'বুংঙো নচাবু থোইবী লাকউ কৌবগা
'কাং শাম্নৌ' ভাকপিরগা লোইরে; করি লৈতে।
সিগীদমক ইপানা সনা খোংলেঙঙকপদি
মতিক চাদে। নচাদি কাংবু হৈবু হৈজদে।
পনকদবা য়াথংদি ইপাইবুংঙোই থোজান্নি
শামজনি কদোগে।—করে; ইপা মুংঙাইরে;
শানৌ ইবেম্মা থোইবী। হায়রম্লগা হনখরে।
চংনিং মানা হংগংলে; তুমুবাকপা য়াথংনা
যৈবে কবো পুংজাওদো। কবো লোইনা তাখরে।
লৈপাক লোইনা ভিল্লরে- "কৈনো কৈনো?—অসিনি,—
অবাবা ঝাগী মত্তে; য়ুমথোং মঙাই মন্নুংদা

ইচা অনি হৌরেংদি নিঙোন কাং শারগনি !—
মায়রোই ইতোপ তোপ্প ইচা অনিগী কাংনি।
ইচা থোইবী কৌরবী ঐনা পোকপী অহুবু
নহান মখৈ, ইতাওনি, চিংখু যুবরাজনা
য়োকচখিবা ঈমোম্নি। হন্দক লাক্লে ঐগীদা !—
হিঃ কবি রানো সিদে, ননাই ঐখোই তাবদি,—
"লমহেল্লি হায়ব ইন্দে কবো লোঈদা চৎখরো"
হায়না মাবু লাকপনি স্বপ্ন' তাঈনা ঐখোঈদে।—
দৎ! কবি ইচামক্সি। ঈতাওদি মচা পোক্লে।
নিজবনি ঐঙোন-দই। কবো নচিম চোল্লবা!
স্বপ্না রাসি অমতং ঐগী না-দা তাববা,
কবো নরৈ কক্কনি। মোঈবাংদা ঐনা পোকপা,
ইচানি খঙেঙা কবো! কবো লমচৎ তাকপিরু
থারকপনি ইতাওনা, ঐনস্থ কৌজবগা।
হয়েং ইন্নুং ঙানকুংবা ঙক্তা থুংঙো অসিদা।
হন্নু হন্না থাক্কন্নু।" য়াথং তৌরে তুমু-না॥



## ৬

# থোইবীনা কবোদ কাং-শান্নবা

কবো পূম্নাং লাংখরে—লৈপাক চাইথনরক্লে।
তরা চঙন চাহুনা সংলৌ এংঙন লাংহুনা;
কৌর-ইমুং তঙা-সোয়্—খোম্লেন তূম্খুন্ তানখরে।
অমুক সোরা তৈরক্লে, চিংখৈ লংদিং কাংলক্লে।
খিংগারক্লে কোরৌনা এংখোং অহানবদগী
লাংনুখরে কাং-তুগী, কবো কোন্নুং কাংশংতু
শংগোই কোইরেং ওইনা শাই—নিংথৌ মহারাণীগী
পাত্র মন্ত্রি লৈরিবা প্রজা ময়াম অরাকপা
অতুই চন্ন শেম্বশা মপান নাইদে চাওখরে।
মতিক মতিক চাবগী তাংবন্ ফরাংজী ফীভৌ,
মচু মখল কয়াগী য়েকখোংলবা গালিচা,
ফীবোং মুগা অয়াম্বা থারে খুরক হাংদনা।
অতুক চাওবা কাংশংতু অরাংবদি অচম্বা;
অঙাংবা ’মুবা নাপু হিগোক উহি অশংবা।
য়েকখোংপা কয়া কন্না। মুগা মূথল কয়া ’মা
পরেং পরেং য়াল্লকপা. মুংশিংনা লেং-লেং হুম্বা
নিংথিজরে কাংশংদো—সোরারেনগী জগোইশং
লাইগী কূমৈ শংদগী শরুক কয়া হেনখরে।
মচু মখন-শিংতুগী মূথন মুগা মচুনা
কাং-শং চুমথাং থনখরে। য়েংবা ঙম্নখিদরে॥
কবো মীয়াম তিনখরে মহারাণী, তরাগা
নিপান লোইনা কম্খরে তুমুরাকপা কম্মক্লে।
অঙম অথৌ ম্থুখরে কবো মাগী ফীজেংনা

মুগা খুৎকা ওইবনে সভা অহু য়েংবদা
মীমা ইথক হৌথবে কাংশং থংকোক্ তিনখরে ॥
হৌরো হৌরো হায়নরে কবো চংনিংখোম্বীগা
খাদোই, অনি হৌগংলে,— কাংশংহুদা লেপখৎপা,
খোংনা খুরুম খোংদানি খুনিং ভাতেন মাগনি।
কাংশংহুদা নেৎপদা খোংদাহুবু লৈকংদা
পুংখদোগুম উখরে তপ্তাং তপ্তাং ফজবা!
খুবোম মতা অহুদি চোমগী চংবী লাযোন-খোক্
মিৎনা য়েংবা গুম্নদে। মকোং ফনেক ফীবাম্না
খুবোম ময়াই তাবদি লুপা চিংগী চিংমৈদা
নোংজাবিনা ফৈগুমই। লফু নেম্বা ওনজবা—
মৈগন তাব অহুনে, নিংহু ক্লান্দেং মতানে
নিংন ফম্ন তাবনে, চেংশিনখিবা খাংহুগা,
লেংন-ফম্ন তারকপা, লংথোং লৈম চংচাক্রুম
ক্রুন্দ্রে ময়াং চিংগুম্বা য়াংলেম লাংগ কবনে।
থবাক ভানফম্ন অহুগা সনা চিংহুম ভানগুম্বী।
সরেন নোংশা সাওং-ওই লুগ-নাউগ-কাংবমে।
তাখবকপ্রা প্রাম্বোমগী মরু লৈথরকপনা
শম্নু মাতাম মানখিবা। পাংত লৈখা মুংদগী
থম্বৌ হেন্না মানবীনি। চেংথরকপা খুজেংদো
ভারা মমৈ তাবনি। তাংনাইদবী খুংনিদো।
পুম্নুম তাবা খুংশানা লৈহাও লৈরেন মওংনি।
খুব্রাক তপ্তাং তপ্তাংই। ওকশম তাবা অহুনা
তাংজ মাগী ওকতানি। লুতুং তাবা শম্নাংনা
লেংলেং চৎথরক্রুনা মিংহুদগী লৈথবা।
লুম্নাং তাব মখৈনা থম্বাল লৈরিকনদোগুম
শমদোল লুক্লুপ তারকপা শাইমোন লৈথখিহুনা

মোইথেম চেক্কী মওং-ওই শগ্নাং শাইনা তাথরকপা।
খোংগী চাকয়োং তাবদা লাইজ চৎপা উংদোইম
লিক্লি খুজাই নদোগুম। মিংচি অনি অচুনে
মিংনহাদি নাকোইচৎ ভৌব চেবাং থকতুদা
কালি মতুম তাবগুম। নাতোন খোইদিং মপান্নি।
ওকশাবীগী লাইবকনি। লৈগী লিরুং ওইরবা—
পিগুম মতা অচুনা, নিনি পানবা থাজগুম
মচেক নাইনা লাইবক ওই, চুগী থকতা ভাল্লিবা।
'ভৌবা চুবা, অমুবা শগ্নাং শাইগী মরক্তা,
নাইন চুনা ভানখিবা, ভকতা সনাই লিল্লাংনে।
ভোকমবা কবোগী মুগা নমথাং অচুনে,
মকোং কনেক অচুনে, ইবেম্মগী কুচুনে।
তুংদা তাবা শগ্নাংন। পুম্মম মগ্না লেংলেং-মু।
লুপা চিংগুম ভৌরোক ভৌ-শাগান চুদি অমুকম্মু,
লৈরাং জাতি নদোগুম শিঙেন দোম নোপ্ নোপ্-লাও।
সেংগোই যাইকোই মাইখোংনি নিংইমথৈ খুংগনে।
কোবৌ নোংদোন থক্তগী লোইদাম থাবু ওইখরে।
চংনিং-থবা ওইরকই, কবো লৈপাক অচুনা
ইনুং শাৎপ থরোওই—থাজ মশক উবদা
কবো লোইন-পেনখ্রে। ময়া ইকা কানরে।
খোইবী মশক উবদা মমা ওইবী তমপাক্ত
খোম্লাং চিংজরম্বশিং কৈম্মু খংদ অঙাং-ফাও,
খোম্লাং চিংব-তোক্তুনা থাদোই মশক য়েংঙকই।
"নিংথিজৈদা নিংথিজৈ অম্মুম্বদি উদরি।
খোয়ুম ছাইওগ্নি।" হায়নৈ উতিংবগুম য়েংনরে;
থাগৎপগি লোইদরে—কাং হৌয়ো হায়খিদরে।
থাগৎচুনা লৈথোক্লে কাংগী রাদি তোকখরে॥

মলয়াগী চিংথক্তা চন্দোন পাম্বী হৌবনা,
মলয়াগী মুংশিৎনা পৃথি থক্তা কাওবগুম
ঙসি কাংসি ফাওদোরে।—"মতুংদম্ম ওইররোই
মমাংঙৈস্থ ওইখিগ্রি।" ঙাংনরক্লে অঙ্গমা।
কবো ভাবোক তুবুদি চংনিংখোম্বী শাওদরে;
"চংনিং ঐবু থাগৎত্তে মোইরাং ইতা সবুদা
থাগৎখ্রে কবোনা" হায়না থোইবী মাঙোন্দা
চংনিংখোম্বী তাইনরে। তুমু নিংথৌ মচাম্ম
'থিবা মুপী নত্তেদো;—ইমুং ইচিক তাম্বদা
থাগেম্বগী কৈমাংদা মোংয়াং ঙম্বা কৈনিংদা
থোকচবস্থ সজিক-কুম্ ইংনা মচান ফবিনি।
কেগে পুংদা পোকচবী ইবেম্মনা ফম নবা
থোযুম লাংওন ওইবনা পাবা—যাখিদবনা
চংনিং হম্মক্লবনি তাঙ্ন-পোকপী নিংভোন্নি॥
চংনিং মানা থোইবীদা—"থোইনৌ ইতা চান্নবী!
নূরাই মীচং খন্‌বিয়ো" হায়না বাহু হৌরকই।
থাদোই মামা—"ইতা-ও! করি ৱানো নভাদি,
খংজদবী মীনৌনি। সিন ফনি হাযবদা
পিম্মবিয় ইতানা" হাযনা থুমই চংনিংদা।
চোপহললগে খন্দুনা নুবা শক-তি ফজবী
পোকঙৈদগী কাং-দদি শোকতরিবী তরুক-থক্
খল্লে পিরে থোইবীদা। নূবা তকক অতুদি
হৈতে হায়সি হায়-ঙমদ্রে তিঙক তিঙক হৌগৎলে।
হৈরবী তকক খল্লে চংনিং মানা লৌশিল্লে॥
কাং-হৌরো হাযনরক্লে। কবো কাংশং অতুদা,
পুং-সেন-মৈব হৌথরে—থোইবী কম্মেন কমখরে।
থাদোই মীচং নূরাশিং মুপী তকক কাপ্‌খরে,

অমম্বক্পু পাম্দরে—য়োংনা তিম্ছ্রাক পায়বগুম
কোইন থোক্লে সুম্বিংতো। হৈতবগী হৌনবা
কাংখিন কাবন পাল্লুরে থয়ো মালো ওন্দুনা॥
তরুক অহু উবদা লৈপাক বা লাওন-নোকই।
খংহৌদনা নোকপনি ওইথোকতবা ওইবগী
মহৈ মহৈ তোক্লরে লৈগা য়াগা ফাদুনা,
চরৈ চিন্দা-পুমহুনা খাংনখরে ময়ামদে।॥
ইকাইখবে তরুকতো।—নূরা মজা ইবেম্মা
কাংহু খোনগে লেংখংলে॥ থয়োং থনব লোক্চাও-ই,
চিংগোই নায়ন্ ই হুদা, ইরোক অনি পাফম্-কাং,
চিংজাউ মাগোম তেম্ শিং—কাং, কবো মিশি কাংচপ্-হৈ;
খোইরু চানান্ পিরবা—ময়ুং হৈবা কাংহুবু,
সনা খুংনা পারখংলে। নূরা লমথাং মনম-খাং
সমু থক্তা হাইগংগ্রে, চরৈ খর তাশিনবোই।
নূরা মকোং ফীবুক্তা সমু ওইনা পায়হুনা
কাংহু হুনগে হাযহুনা থবাক নমথরকপদা
তেংনা মানবী লুতুংগী শল্লাং ময়াম অহুনা
ফৈরুদগী য়েং-ওইদা পুমচাই চাইনা তাবক্লে।
লৈবাং থক্তা তাবদা খোইমু শিংগী মশানা
নাকন অনি শন্দোকপা। লৈরাং মচু অহুগা
খোইমু কুচু অহুগা খোইমু থম্বাল অনিগুম
নিংথিজবে ইবেম্মা। নূরা চুবা শাই-হুনা
চুম্ন তাজবম্বদই নিংখাইহুনা চংথিবা,
মতম চুপ্পা শল্লাংনা খুম্মুবগী চৌরবা
খজাই মচেং-অহুগা নাইন্ ইরং লংবমে।
উকরিবা ভাবোক্তো অমম্বদা নোংথাংনা
খংঙান ডানথোরকপগুম মিংকী পাংগম্ব মাংখরে।

লিক্লাই লাইজ থক্তা শাৎ, থম্মা থেঙ্গোং থক-তুন্দা
লেমজন্নবী খম্বান্দা মালং লৈন হুম্বদা
সনা মচু মাল্লবা নোঙজন্নবা থমচেৎপু
লৈরিক-তুগা কাইনবা খম্বান লিশিং অম্মগী
শকফম-বুদি হেনখবে থাদোই মায়থোং অন্থুনা।
"ইয়েপাক মত্তে ঐবু চিংউ পাঙ্গনবিয়ুকো"
হায়না কাংহু হুনখরে কাংখিন্দগী কাপ্ অম্মা,
বাৎনা কাং-হু পোপ্ তারে কাংখিমহুদা পানখরে॥
চেকফৈ মামা বাৎপনা মথা কাপ্থকুদরে
চংনিংখোম্বী রোমগীনা কাংহু কাপ্প হৌবক্লে।
চংনিং লোমগী খুৎতুনা চেকফৈ তানবী অনিনা
হুল্লকপগা হুখরে॥ মতাই লমথা থাবগা
তম্ম লৌই, তম্ম-মুক তংকাপ্ কাপ্ই চেকফৈ'হু।
তম্ম অমুক তন্স্ হুই, লমথা অমুক তম্ম-থাই।
থাখিবগা থেংবগা, কাপই মতৌ অন্থুম্না।
"পোপ্-তেক পোপ্ তেক্ সন্ন-তেক"—অয়ুকতগী কাপ্পনা,
হুমিৎ হুংবা মতুংফাও থাদ্রে চংনিং খোম্বীনা॥
কাংগী মতা অসিদা থাদোই লৈরাং মায়খোংদা
ইকাই মৈশা লাংখরে—চিন্থাল লান্থা ফংদরে।
"কৈনো চংনিং অসিদি নুরা মবুক ফত্তেনা।
হৈত্তবা ঙাক খন্দুনা পিরেম্বনা থোইবীদা।
দগ্তি তৌগে খংগনি" হায়না খল্লে তুমুনা॥
চংনিং পোকপী মমাসু তুমু মহারাণীদো—
"যাহু তৌরে কাং অসি চোপ্প তারে থোইবীদি।"
হায়না খল্লে—শাওখবে। নিংথৌ মহারাণীগী
মাতোন নাকচি অনিদা হুমাং লৈরিক কারক্লে।
তাবোক ময়াম খঙঙক্লে চংনিং মাগী মবুক্কো॥

থাদোই মাগী য়েংবদা ময়াম নুংঙাইনদরে।
"কৈনো কৈনো" হায়নরে "খেন্ন মল্লি" ঙাংনখি॥
চংনিং মাগী মবুক্তা "হন্দোকপন্নু ঙম্মরোই।
নুমিৎ মতা অসিগা—খুৎথারসি ইতাশা!"
হায়না ইংগিত তৌহুনা খুৎথারক্লে চংনিংগী॥
"ইত্তা 'বেম্মা থোনবিরো।—কন্নি ইতা ইবেম্মা।"
চংনিং থোইবী হায়নরে; সনা বুদ্ধি তৌবদা
লাইবু থোইবী থাদোইনা কাং অসিবু হন্দোকপা
উদরে ঙম্নি হায়বা—লৈপাক উবে মাযথোংদো।
থাংগৈশেংবা রাখবে তুম্ন নিংথৌ মপা দো।—
"ইপাই ইবেম্মা কাপউ! সেন্সী লাই-বু লৈরিনা!
ইচায় থৌগন তৌবি-শা! লাইরেকনু কাপউনা!"
হায়না ঙাংবম থক্তুগী হৌগৎতুনা লাওরক্লে
মহারাণী কমঙমত্রে—"কবো লৈশাবী তরুক—
সনা ঙাংগ থাগনি ইচায় থৌগন চেকসিল্ল।"
সুয়া লাওরে মমামা। নুপী তরুককীদমক
থাদোই নুংঙাইরুদ্রবোই।—"পলেম 'ইবেম্ম ইতাশিং,
নুরা তরুক অসিনা নচা ঐগী অমুক্তা,
শান্নমিন্নদবা ওই। কাঙ্-কম শোইনরহুনা
তৌজবনি: শান্ননি॥" খুম্মে ঙাংঙোই থোইবীমা॥
"খঙঙবোইনা থোইবীনা, খংজসন্নু কৈদৌনি।"
চংনিং সুয়া খন্দোকই, "মাবু অসাই থাগৎনৈ,
ঐবু থাগৎনদবা, মামা লেম্বা মতমদা
য়াওজকদে চংনিংমা শক্ত থাগৎনবদি
কবি থোকপা য়েংহৌগে।" খল্লি পেল্লি মবুক্তা॥
থাদোই মামা চংনিংদা—"ইত্তাই 'বেম্মা ঙাহাক্তা
পোথাখিসি, ঐথোরদি রাম্রে খিনব-মক্তদা।

য়াদরনে ইতাশা ?—কনি, য়ারে ইবেম্মা।"
খমজৈ মীচং তরুক-তু। চংনিং মানা—"কৈদগী,
কাংদি পোংখা হৌনদে ইতাই 'বেম্মা কাপপিয়ু।
ভাইখো ইতা ইবেম্মা পোংথাখিসি ভাহাক্তা ॥"
শাওরপ খুমই থোইবীনা। তুমু মানা শাওরকই
চংনিং মচা য়েংহনা। মপা শাওব-উবদা
চংনিং তুমিল লৈখরে। থোইবীনা নমথেক্কুনা,
নাকন থোংলোমদা থোকপ্রে। "ইচা হাকচিৎ লাংখবি
কবো মতা থোকমু।" হায়না তুমু থিংখবে ॥
মোইরাং লোমদা ওন্দুনা মজাইবেম্মা কৌবক্লে—
"নোংপোক লৈম' পাম্বোইবী! ইবেন য়ুমজাও লাইবেম্বী
লৈপাক লৈমা! ইবুঙো থাংজিং ঐদি চোপ্লেদো
কবো মাবৈপুংদা, উত্রবোইকো নম্মুবো" হায়
কপখ্রে। পাম্বোইবিদি শাগোম্নরি থাদোইগা।
শাওরহনা পাম্বোইবী কবো লাইদা তাইনবে।
"কবো ফুরা তরা-লাই! হাই! সেম্বী লুলাং মরাং-খৌ!
নহোয মীচং চংবরা ?—ননাই ঐখোই য়াওজদে।—
য়াওনু থোইবী চোপফদে।" হায়নরম্মে। পাম্বোইবী—
মোইরাং লোমদা চেনখরে। থাংজিংগীদা য়োবদা,
থাংজিং লাইদি তারমদ্রি, মুংথিল তুমখুন তাল্লম্মি।
পাম্বোইবীনা কৌদরে—চোংশিন্দুনা কাংথোন্‌দই
মশা লাক্লা চিংখরে। খংপেৎ খংই, থাংজিংনা—
"কনাখো হাই ?—হংগমু! হীঃ হীঃ কৈনো ইবেম্মা ?—
কবো মীরৈপুংহুদা নমু 'বেম্মা কাং শায়্নে;
কবো লাইনা চংনিংগী মীচঙ্, চংহুনা থোইবী
পোরে, নমু চোপকৌবে। কপ্পনা লোইহৌরে।—হীঃ!
লাইকাংবান্‌বা কনা লৈ? কৌক্রদি?—মাদি হৈতে,

কাংবান্‌বদি ঝাংব্রেন্নি।—হুদি চৎসি।” হায়ত্নুনা
ফুরিৎ ককৃপা অমগা কৈজ্রোন হোংবা নংদন্নে।
তুম্মুবগী ফিজ্রোন্দা ঝাংব্রেন হৌরুবতুনা
মুমা খোইবী ভেংঝাংগে হান্না লাক্লে কবোদঃ :
খোইবী হুজিল্লমদন্নি। নোংলৈ ওইনা ঙংলকই।
উরে কবো ময়ামম্নু কবো কাংশং তম্মকই।
কাংশং অহু য়োবদা শিংখিদরে মুংশিংতো।
সিনি হায়ক্ম খোকতবা হৈ-লৈ মনম নম্মকই
থাদোই লেংশিল্লক্তুনা কমই মাগী কাংকমদা।
পাম্হোইবীনা “ইবেম্মা। ঐখোই লাকএ ঝারম্মু”
হান্নবিরুরে খোইবীদা। কনা তাব ঝা নত্তে!
খোইবী পুক্লিং হন্নাওরে—কালেম তেংপাক থক্তুদা
শান-হৌব নাপীদা কুমগী লাইজ খিকপগুম
নুরা পুক্লিং ইংলক্লে। খোইবী খোইরুম তৌথরে। —
—কন্নাংথেন্‌গী খোন্‌-য়াদই ’মুন্‌বা তয়ান মাঙ্গবী
খোই-খোই তৌবা উবদা কবো ভাবোক অহুদা—
“কৈনো শক্‌-লোন পুবোইনা লাইনি মতা অমনি।”
হায়নৈ ইওক ঙক্লরে। থাংজিং ঝাংব্রেন অনিনা—
“কবো লাইশা নখোইনা নুবা তরুক’সি-সেম্মৌ!
কাংপু, কাংথিন্স্‌ ইম্বু।” হায়না শিন্নে কাং অসি।
কাপও কাপও হায়ত্নুনা তরুক-তুনা কাপ্পদা,
পোপ্‌-পোপ্‌ তেক্‌,সর-ক্রোক্‌. নোংথাং কুপ্পত্নু ঙাইয়ে।
“অসাই-মথৈ থুপপন্নি—হৈদা হৈদা” হায়নরে।
“কাপ্‌উ কাপ্‌উ কিগদু।” লাওই। খৌজিন্নরক্লে।
অয়ুক্কুগী কাপখিবা পাঙ্গল অহু তরুক্লা,
পুং অনি অহুম-লোমদা পুম্‌তক্‌ তরু হন্দোকপ্লে।
নুরা মজা ইবেম্মা মুক্তাপ কাপ্প নংহৌদে।

তরুকতুনা লংবগা—লমথ। তম্বা পানবগা
সোয় হোন্‌ব নংহৌদে। পাজন মাইমু কিখরে।
মাইমু চামা হেনখরে। থিনবা মক্তা ওমদরে,
চেপ্লিংবদি য়োয়রক্লে॥ কোয়ৌ মঙান অকনবা
লৈরাং ওইনা নৌয়রক্লে। নোংচুপ থংবা অতিয়া
'শংবা লাইজ ওইরক্লে। সনাই খম্বান ওইদুনা
নোংচুপ লোমদা শাংলকই। সম্মা মচু অদুনা
মোংপোক পাংনা লাকপদা কবো কাংশং মুংদুদা
সনাই খম্বান অমম্মা কোবৌ খম্বান হেক্তুনা
শাংখিবগী মঙাম্না কবো কোমুং যৌদোবা
লম্বী তংখাই অদুদা সনাই খম্বাল অনিগী
মঙাম অমি থেংনরে। থাদোই সনাই খম্বামগী
মঙানদুনা হেন্দুনা ইকাইবকই মুমিংনা।
কোবৌ মঙান হুনখবে। সমুদ্র লাইজ খক্তা
য়াংদৌ ইরম থিতুনা লোংখরগে নিংখবে।
"মালেম খকতা পুহৌরো ভাম্বোরো লৈরাং নংনা
অমম্বা লমদম অমা থিরদুনা ওাল্লুগে।
ঐবু হেন ভানবীদি নং লৈরে কারদরে।"
কোয়ৌ মানা হায়রকই। মাপন কাংবা কোয়ীগী
শাক্তে চৈদোন অদুনা লাংগোই নম্‌কু কদুনা
সমুদ্র ইরম পাংনা থৌখরকপা, য়োদোবা
থোকশাং 'মতা মঙাইরে। মতম অসি মক্তদা
কবো নূরা তরুক্লা চেকথৈ নাম্ব-পাল্লম্মে,
থাদোই মাদ-মঙাইরে-। মতম অদু চংমিংদি
ময়াদা হয়িং চংলে, "থোইবী হায়বী অসিগী
শক্তি সিদি করিনো!" হায়না পুম্মম মরুমই॥
"থারে থারে" হায়নবা মখোল অদু তাবদা

চংনিং  থ্বান্  খিৎ  তাররে। "কনা বাংলি" হংলকই।।
'ইবেম্মতা মঙাই  কাপউ থোল্লু" হায়নরকই।
ইবেম্মনা কাপ্পদা থৌন-পাল্লে কাং অম্ব,
হৈদ হৈদ ইবেম্মা কবো ভাবোক বা লাওই।
থোইবীনা —"ইতাই-'বেম্মা !—ইতা 'বেম্মা কাং অসি,
থোমজগে ঐ অমুক্তা ?—ইতা মতম নংতরে।
করি বানো ইতা-ও, কাংদি সুরবা কাংজি।
ঐগী খুৎকাপস্থ থোকই। 'তু ওইরস্থ থোমকদে।—
করি বানো ইতাবো ! নরৈপাক্লি হায়তুনা
যাম্না চাওথোক্লবোইরে, থোম্মে তুদি !" হায়তুনা
ইবেম্মগী মিৎ অনি—ফুগাইনমক শাৎলবা
'ভাংবা লৈরাং থরোগুম লৈবকপতু উনরে।
তুমু নিংথৌ মচাদা —"সনবিক-চংনিং-থোম্বী !
কবিনো হাই নংবো ! ইমোম থোইবী থোম্মু—হাই !
লমহেনবা শাবাইবুনে।—থোম্মু থোম্মু ইবেম্মা !
ইচাই থুকাপ থোকইনা।" হায়রে মহারাণীস্থ।
মজাইবেম্মা থোইবীস্থ "অসাই মখৈ চোপউবা
কোকপা য়াবরা য়েংগে।" খল্লবদই ইবেম্মা
থোমগে নিংউই কাং-অম্ব। মযাম চৈরবতুদা,
চংনিং মাস্থ ভমদরে থোম্বা তারে —থোইবীনা।
ইবেম্মদো বাররে। "শোইরবদি মাংজেদো,
থোয়ুম নংন-কুবিয়ু।" খুরমজরে ভাংগোইন।
পান্থোইবীনা মাকোংদা—"কিরুগস্থ থোম্মু।" হায়।
পুক্লিং লুম্মে। পান্থোইবী রাংবেন, থাংজিংদা—
ইতৈ থাংজিং রাংবরেন্।—হাও, কৈনো ইবেম্মতোল্ ?—
হান্দক থোইবী কাং অসি শোইহনবা য়াবা নত্রে;
লৈপাক লৈমনা কাংসি কাংথিন্ কাওবা পুসিনবা;

থাংজিংনা কাংখিন ইম্বু। ঐনা কাংসি সেম্নগে;
করে" হায়নৈ লাই-শিংদো। খোইবী মাবু সেম্নয়ে।
থাদোই কাংছু লৌছনা কাংখিন তম্ন ছনথরে।
ফিংগ্রছনা থাংজিংনা কাংন-য়োরকত্রিভৈদা,
'তেক'-হায়না কাংথিল-অছু চিংথুরে থাংজিংনা।
কাংদি কোম য়োরয়ে। চংনিং খোম্বীনা—"পান্দে।"
ফাবে কাংছু। ভাবোক্না—"হী: মখোন তাইনা কৈনো ?"
চংনিংখোম্বীনা "পান্দে"—খোইবীনা "পাল্লি কৈদে।"
রাসি অনি মরিদং হায়নরে। ভাবোক মখৈ—
"সনম্বিক চংনিংখোম্বী! পাল্লি পাকি কাপহল্লি।"
হায়রে। মপি তা-মখৈ মুংঙাইখিত্রে চংনিংদো।
"হান্দক খংগনি কাপ্উ।" হায়না চংনিং খোম্বীনা
কাংছু লংখৎলকপছু -"কাংসিনা পাল্লুবদা
খোইবী থবাক কায়ছনা শিরসন্থ।" অম্ন্না
সুন্দা পাইরকপছুদি —"হিঃ হিঃ" হায়নৈ ভাবোক্না।
কবো লিংথৌ মহাক্তি মচা নিপা পোক্তবা
মাগী মছুৎ সিন্দোবা চংনিং মানি-হায়ছনা,
থাংদা তাদা হৈবদা খুৎছল লাকছল অসিদা,
তমবিছনা হৈবদি মপাংগল্সু পুম্নমক
অকল অথৌ খিবিক্তই লোইন-পুম্হেন্ হেনবীনি।
লংঙকইবা কাং অসি উদ-পালে মতেকলে,
মুংদ-পালে মুং-কায়রে—অম্নম দোনা লাকপনি।
কাং অছুবু খোইবীনা মুরা থবাক য়োদোবা
খুনিং অমগা কাপ্-মুক বাংলিভৈদা সুন্দগী
খোইবী সনা খুৎতুনা ওক্লে ইলাই লাই-মখৈ॥
ইবেম্মনা কাং অছু অমুক তন্না লংছুনা—
"পাপী চংনিং খোম্বীসি হাৎলসিরা" খনবদা

নূপা পুক্সিং কাজিনখি। কাং হুনবগী লমন্দা
ইবেম্মনা হায়রকই—"ইতা' তাকপিদবম্মু
ঐসু খংজে কাপকনি।" থৌদো, বাখুম তাবদা
কবো থবাক য়েনরে। "হা-হা! লাইনিনা সিদে!
খুমদোয়কপনা, কবি-মকজনো ইবেম্মা!
নংগুম্বদি লৈভেদা।" চিন্ন-থোক্লা থাগৎনৈ॥
ভাবোক মতৌ উবদা তবুং তবুং চাকপদা
ঘী হৈজিন্নবা মৈগুম চংনিংখোম্বী চাকথবে॥
বাংত্রেন-না—"কবিনো! অহন নৎতগুমইদা!"
পাম্বোইবীনা—"কিংমনখ্রে! করিগী য়ৌদ্রিভৈনা
হান্নবা চিংথুক্লরি—কাংখিন্দো?" থিনা-ভাংলে।
"শাওরগন্মু ইবেম্মা! ইতৈ সুংশা থিবনা,
নতাইবেম্মা থোইবীবু চোপ্লগদ্রা হায়বগী
তৌখরবা থবক্লি।" সুম্না বায়রুবকই॥
ইবেম্মনা কাং-অতু হুনখিবগা পানবগা,
লাইন-কাংতু থোমখবে কবো ময়া কাথরে॥
কাংসিম-ওইরে কাংসি।—'কাপ্উ কাপ্উ।—কাপ্কনি।
ফৈ, ঐন খিল্লিদনা।—ফৈ ঐনা কাপইদনা।
"পাল্লু পাল্লু।—পান্দনা।" অওক কোকথোং তৌনবে।
নূরা শিংগী মেংলবা কাংগী মৈখু অতুনা
কবো কোম্নুং মম্লক্লে। মজা ইবেম্মা থোইবী,
অহক য়াম্বা কবোদো তুমিৎ ওইনা উখরে॥
কোবৌহনবা মহাক্তি সমুদ্র লাইজ পুংদা
তংখাই হেম লৈথক্রে। নুরা মাগী মঙাম্মা
কবো কাংসংদগী মালেম তুনা ভাহল্লোই।
মতমসিদা অকোনবা লমথা অমা কাপ্লকই।
পাম্বোইবীনা—"ইভেবু!" থাংজিং লাইনা—"ইবেমা?

কুমৈ সিবু মুংঙাইত্রা মুঙাইরেদা মুংশিবী।—
থংনহল্লিদো ইতৈ ?—থংনরেনা সিমঙাই,
য়েনগদদা ঙাইরে।- বাংলি ইতৈ ঐ তৌগে।"
হায়না পাম্বোইবীসিনা থোইবী মানা কাপ্লকপা
কাং অহুবু কাংথিন্দা য়োগদবা থুহুপ-মুক,
বাংলিডৈদা লেপ্'তৌগুম ঙপথখরে। থাজত্রে
য়ৌনি হায়বা কাং অহু। লেপ্ল মক্তি হেক-লেপ্তে।
প্যাম্বোইবীনা কাং অহু থজিক থজিক ইল্লিল্লি।
শাওগ শাওনিংবহুনে—চংনিং ঙাপ্ হেক ফাকরে।
থোইবীনা—"ইতাই' বেম্মা। লেংইডৈদা কাং ফাব—
হৌনদবনি। ইভাবু! কাং ফন্-শাম্নৈ হাম্নবদায় ?"
হায়রে। বাসি তাবদা, কবো লৈপাক ফাঙবনি
ইকাইনরে মতমহু। চংনিং মাবু শাওনরে—
"চুমই ফান কৌনদে—ইবেম্মা! মরক চংউ।"
হায়রে য়াত্রে ভাবোক্ল; তুমু নিংথৌ য়াওখরে॥
কাংগি জাংতা হৈবসি, কাংলোন চক্রি ফংঙবা
লাই খিবিকী মন্নুংদা পাম্বোইবীনা মহেল্লে।
থোইগদবহু লৈরে সিবু থোইবী তোক্তরে।
পাম্বোইবীনা ইল্লিল্লে—"থোইবী ইতারোই চংউ!
ঙসি মরক অসিদি।" থোইবী চংগে নিংথরে॥
থোইবী কাংহু কাপ্‌উবা— তুংগী শম্মা চাইথোকপা,
লৈপাক থকতা চিংব-শম্। নমথাং মুগা অঙৌবা,
মকোংফনেক অহুনে. মুংখিল চুপ্পা মৈনবা
নুরা কুচু অহুনে। হুমাং লিরি কারুবা
ইংথরকপা মঙম ওই। নোংজাবিনা চুমথোকপা
কোয়ৌ মঙামগুল্লবা নুরাই মঙান অহুনা
বাংসং অহু ঙানখরে। লমথা কাংহু কাপ্পগী

খুৎত-পক্‌পা উফুম্‌মু নোইবোই য়েরোই তাম্মোকই
মায়কৈ মম্বা নোংগুম্বী তুংদা চাইবা শম্নাংহু
ওকশম হাইগুম তৌহ্নুনা পুন্না তুংদা তাহল্লে।
চাওরাক ফীনা ফাবগুম চান্নবস্থ ইন্দনা
তাসিন খোমজিন মওং ওই। চয় নমথাং মচিহ্
সনা খুৎনা লৌহ্নুনা ভক্তি লৈব মাহ্নলি।
তুমু নিংথৌ কম্বা-মাং অহুমক্তা চৎলকই
খুৎক কীগ খন্নুনা কাংশং ময়ুং ইন্নুনা॥
তুমু কোন্নুং অপুম্বা বসন্তদি ওইখরে।
হৈনৌ মপান শাৎখরে। কোকিনশিংনা নিন্‌খরে।
সরৎ কৌবা থাজনা মুংখিনহুদা থোকখরে।
নূবা মওান অমুকস্থ—লাংবন মুংশা গুমখরে।
নাপুং কাব উপান্না মালেম সুপ্না লৈতেংবা
তিংথৌ মকা অমা কাও নাপুং কাব-থাৎতবা
থবাল লাংবন মতমগী পৃথিবীগী মতৌগুম
লম্না লেম্ন উথরে! দুর্গা কৌবী লাইহুগী,
লখী, সরস্বতীগী ইকাইনফম ওইরক্লে।
ওইদা থাংই ওইদ-চেপ্‌ য়েৎত থাংই য়েৎত চেপ্‌
কবো কোন্নুং হাইখরে। ফম্মি ভাবোক ময়ামদো—
কনা 'মনা ময়া কাই। মওক চৎলি কনানা।
নূবা' চেপ্লে চেপ্নকই পুম্লেং লেঙেঙ কাংশংহু।
খিনগনিস্থ থংখিদ্রে চংশিং মাগী মীচংদো।
নুবা মমাম্নবীফাও, হেক লৈম্নিবা পুম্বদো।
মফী ফাওবা লোইশিন্দ্রে লোইনা পুম্‌সুম্‌ স্নুম্নাংলে।
চংনিংখোম্বী মহাক্না মরক কাংহু খিন্নুনা,
থাদোই ময়ক চংখরে। লৌরে কাংহু পাঞ্জল 'মা॥
সুমিংতাপ্রে মম্নক্লে। অহু য়োম্নবদদা—

"ত্রঃ মুঙিং তাথরেনা—তোকও তোকও" হায়নখি
বুদ্ধি তানৈ হুতদা। লৈপাক চাইথ য়াকয়ে।
থোইবী চংশিং অনিম্তু চংপ্রে মকা মকাদা।
তুমু নিংথৌ লেংশিনপ্রে সংগাই ওয়াং চান্-হুদা॥
মুরা অনি কৌনপ্রে। চংনিং খোম্বীগী মনাই
পোংমুনা "কয়ো সিদে! কৌনদরে, মাসিদি,
কৌনৌ হায়সি ঐগীদি ইতিক ইপা থোকতরে।
নিংথৌ হংগৎলুরগে"॥ হায়না পোংমু চৎতুনা
হংগৎলরে তুমূ নিংথৌ চেল্লক্লে।—
"ইমোম অনি লৈতরা?—ননাই ঐখোই লৈ-অজ্ঞা।"
কৌই মুম্না খুম্মকই। "নহোয় অনি কৌনরা?—
ননাই ঐখোই কৌনজ্ঞে।" হায়নরগা চংশিংনা—
"ইতা চাক থোংবিরুরো।—ইতাইবেম্মা ফনি।
ভাহাক পোংথাখিসিদা।" মুম্না কৌনৈ অনিদো।
লমচং থংবী ঙাক্তুনি, পুক্নিং মুংঙাইত্রবম্তু
মপা তুমুই মমাংদা ওম্ব্রোক্লা মুংশিমনা
কৌনজবা মাহল্লি। তুমু নিংথৌ হন্‌থরে॥
তুমু মপানা থংই—ঙৌম্নু কৌবী মনাই'মা
থারক্তুনা থোইবীগী সেবা লাংবা তৌহল্লি।

———

৭

## খোইবীনা কবোদা শিং চনবা

চংনিংখোম্বী মবুক্তো অইংবাইবা লৈখিদে ;
চংশিং পোংসু তানরে—"মোইরাং ইতা ইবেম্মা !
কবো ঐগী চংনবি। নুরা ওইবী ঐখোইনা
খাৈে লোয়াল্লবদি, লোয়মোম ফোগোৎ থল্লিদো।
লেম্লৈ খাম্সু তাবগনি, সুন্না তৌরবদদা,
কবো ঙাহোং চাকহোংই॥" লোয়াল্লু হায়বা থারে।
থাদোই সনা পুক্লিংদা করি' মতা খনখিদে।—
"পাম্মবগী দমক্কি সুংশিবগী দমক্কি,
নূরা ইপাপ কোক্কবা রাজরগে।" নিংথরে।
সুমিৎ মঙা লোয়াল্লি।। ইরুম খোংমৈদা কুম্মে।
কোম্পেক মঙম লাংথরে—খোইবী মবুক পেনথরে॥
মতুংলিদা চংনিংবা—"হোৌনবগী তৌবনি,
লো য়াল্লে ইন্সাং থিরে। ইতা বাৗৌবিগম্সু !
হয়েং সিদি শিং-চন্সি ?—ইতা ! কদায়' চনগনি ?—
মাংদ-উরিবা চিং-সে, সোমদা চন্সি॥" হায়খিরে।
অহানবা খুমুদা-দ, সুমিৎ নিনি শিং-চল্লে।
হুম্নিদা কদাং চিংদা, অহুদই মোয়ুম-চিংদা,
মঙা-নি সুবা হুদি সোরা চিংদা লেঙঙক্লে॥
কবো নিপা তরাগা মঙা খোইবী উবদো
ঙাংনরকই চিংথক্তা।—"নহানগী কাংহৈবীদো,
নংত্রা সিবো য়েংউ-হাই।—মানি মানি মানি হাই।
করিনোনে খাম্নিবু—মোইরাং য়ুবরাজগী
মচানিসু হায়রিকো। তুমরাক্পনা 'চানি

ঐনা হেক পোকপনিকো—সিনি হৌজিক হায়রিবা!
তুদি করি মরমগী অস্তুক মোংনা লাকইবা!
শিংচনগে হায়বা মতাংদি মানা লাকইবসি।
হৌনদবা রাকম্নি, থংসি ঙসি ফীগে 'মা ।।—
নৌনা লাকপা ওইবগী য়েংনিং খোংনিং নৈত্তুনা
লাকচবা ওইরমগনি। মী লাই কীবা মী থোক্তে,
কনানা শক অসিবু থোদাগদৌ' মত্তিক নৈ।
মীতা 'মা ওইনা তৌই। করি কায়গবনো।।
অচা অথক পুরম্নি নিতুনা চাসি নহাই!—
শক্-অসিনা, হাওদি-হাই, মানা য়াওরম্লবদি,
অস্তুক মোংনা লাক্ল-কাও ফজরিবসে য়েঙেঙা,
মবুক সুংঙাইরমগ্রগা 'খোইবু পংচোপ চোপ্লদ্রা?—
করি চোপচরুগনি।—ফরে যবে যেংলসি।"
হায়নৈ তরা' মঙাদো থোইবী তম্ব চংলক্লে, -
"হা: ইবেম্মা, কাংহৈবী?—হা: কনানো ঐবুরা?"
কৌরে খুপ্নে অস্তুম্না। "মানি মানি ইবেম্মা!—
কবো ইবুংশা! শেম্বী মিবাই তামগী তাদ-খোই!
নচন মানবী ঐহাকপু করিগুম্বা?—'বেম্মা!
নুরা ওইবী নহাকপু তুমু নিংথৌগী মচা
মোইরাংনা য়োকখিবনি, কনা অমনা নওে,
মোইরাং যুবরাজগী মচা ইবেম্মনিস্তু
হাযনৈ। মোইরাং নিংথৌনা য়োকই সিমস্তু তাজৈ।
নিপা মচাই মঙৌগুম লোইবী হাও-নুরা শিংগুম,
নহান্ কাং সুমিৎতগী ইবেম্মই নতৌ তুগা,
ঙসি লেংঙকৃইবসে 'খোইবু য়াম্না ঙরুরে।
নওং 'মতং থংনিংই?—"নহোয় তাব-সুংঙাইরোই,
করি দৌরুগবনো।" সুম্না খুমই থোইবীনা।

বাখুম অসি ভারগা অমুক হেন্না খংনিংখ্রে।
"হায়ুগবা ইবেম্মা! নূরা নংগী নরাদো
লাইজ ইথৌ লাংগুমই অরাম্বগী চাক-ওইরে।
নিংখৌ মচা নংনবু শিংজন বদি হৌনদে।
ঐথোইবু য়াম্না ওক্লে?—ইবুংশা চুমই ওকপা,
ঐ কবো চন্থু নত্তে। কৈদৌবা লাকই তুদে?—
চংশিং খোম্বী' মনাইনি।—মাহু হায়মু পকচদে।
ইচন ওইনা উবগী মুংশিন্থন: হংবনি?—
মোইরাং ইরৈপাক্কগী মুংঙাইতবই লাকপনি।—
করি মুংঙাইতবগে? নূরা নত্তিক ঙাদনা
সেম্বী মীরৈবাকসিদা মুজা থোংদারকইবা?—
ইবুংশিংবু ঐ অসে ইপুরোইবা লৈবি-মি!
নূরা খোইদৌ তাদবা মকম হুদা য়াংগোইক্ল
হায়রি ঐবু পন্থৌনা। মোইরাং যুবরাজদো
ঐবু পোকপা ইপানি। ঐনা মাদরবদা,
শাওরহুনা অসিদা "লোই" থাবিরকইবনি;
লমদম মুংশিবশিংসি য়েংনিংহুনা লাকশনি।—
ফরৈ ফরে ইবেম্মা! খংদবসু ভাকনি
য়েংজো য়েংজো লমদমসে॥—হুদি স্বাইদা চংঙকউ,
ঐসু চনগে নহোয়সু চনবিয়ুকো ইবুংশা!"
হায়জরকই থোইবীনা। নক্সিল্লকই ময়ামদো।
নক্সিল নক্সিল্লরুগা য়েংসিল য়েংসিল্লুবদা
ময়াম অহু ওক্লরে চিংদা থোকপা মণিগুম
লমদম অহু ঙানখ্রে—"সিবু লৌই হায়বদো,
কয়া ফজরিগবা, মপা' পি হায়বহুনা
কয়া চংখোল্লিগবা"' সুম্না খমৈ ময়ামদো॥
মচিন থোক্লে ময়ামদো।—"ইবেম্মা 'খোইবু ভসি,

তাক্তুনা তাকপিরবদি তাকপিরোগবা শেংনা!
ইবেম্মগী ইবুংঙো সনা পুক্লিং তারিবা,
মাগী মীওই মুরতি, য়ুম্নাক শাগৈ পুম্বদো।
নপাই 'বুংঙোনা পিবা অহুমনা কম্দোবা?"
হংঙে ময়াম অহুনা। ইবেম্মনা—"ইবুংশা!
ঐগী ইবুংঙো হুদি যুবেক্তম্নি খুমম্নি।
নিংথৌ মচানি মিংদি খম্বা কৌইদো।
বাং চাওই মোইরাংদদি মপা লৈতে, অহুগা
লমদম অতে 'মদম্বু লৈরমগনি নিংজদে।—
ইবেম্মা মাগী মনাই ওইনিংইদা ঐখোইসে,—
'মুক্ত উজরগদি।—লাইন তম্ব লাকনি।—
হুদি 'বেম্মা অমদি?—অঙোম নিংথৌ মচানি
মাদি, ইনাক্তু খুল্লি। হৈ শিংই ফজে কল্লি।
ঐগী ইবুংঙো হুদি শাইদাংবনি মোইরাংদা,
থিৎ লাইরৈ। ইকু, ইবুংঙোহুবু পোকপদো
মোইরাং নিঙোল লোইদো। ইমম 'মগা লৈজরি,
অনি সিদা মঙাইরে। ইনম-হুদি ফজে,
ঐদি মনাইবু মান্দে।-ফজরিনি, ইবেম্মা!
অতৈ অসি বায়াম্নি, 'খোইন-হংনিংব 'মবু
ওমদহুনা লৈরেনে?—কবি বানো হায়রিবু?—
কিদি কিদা ইবেম্মা।—কিবিগনু হায়রিবু!—
লোইবী থক্ত লাকপসি মতম খরা কুইখরে।
ঐখোই কৈস্থ য়াওরক্তে; ইবেম্মই করি য়াওরি?
খরদদি পিজোনা—করি করি য়াওবিরি?—
সবাই তামগী ইবুংখোই নচন্ কৈস্থ য়াওরক্তে।—
য়াওরবদি পিজাদা-নুবা শিংস্থ থিবিগে,
পুনবিগে থোংসংপিগে, শকনে চুনে ইবেম্মা,

নংন্দা পুখ পোৎতুদি হাওগদবোই নিংইদো।—
ঐদি য়াওদে হায়জরি লংনবিন্থু নচনবু।—
প্রেমনা হায়বা য়াত্র'দি মুন্না চানি।" হায়রুরে।
ইবেম্মগা অপংবা কবো মচাশিংসিগা
পুক্লিং খাঙাং অনিসি ইশিংগা থাওগ-তারে।
মতিক চাবা মৈশানা তিন্নহনবা নৎতন্দা
য়ারোইদৌরে পরুবা। ইরেম্মনা—"ইবুংশা!
য়াওদবা পোৎ অসিবু মুন্নবগা থোকপরা?—
থোকই থোকই মুনগনি।" বাকম অসি য়ৌবদা
শাওরে সনা পুক্লিংদা। "ধর্ম্ম লৈতবা জাৎনি"
খল্লহুনা—"কবোশা! করি নতিক লৈহুনা?—
লৈ লৈতে খংনগনি। তুদি লাও মুল্লো য়েংগে।"
হায়রম্লগা ইবেম্মা—"নাহুনা শি'স্থু শিবা,
লৈরম্মু শুসি কবো লীপ্পাবশা।" হায়হুনা
নুরা থাংলেন মথুৎস্থু-খুহুম চেৎনা পায়হুনা,
নোংথাংগুম্না তাম্নরে। চেন্নে ভরা মঙাদো।
চুম্ন মীচম্ ওইনদি চেল্লুবদা খন্দুশা,
হেজক্লে থাদোইনা। থাদোই মতৌ উবদা,
থরাই খুবাক হাপ্তুনা চেন্নে চিংগী উরক্লা।
উগী মক্কম খুদিংদা লোইন পুল্লোৎ লোৎখরে।
"লিন-ক্সাবা য়ানবশা! ইপাই লংলোই মচাশা!
করি লোংলি থোরকউ!" হন্না হন্না চৈবদা
থোয়কতরে ময়ামদো। ইবেম্মদো পোৎখরে,
লোইবী মতা কবগী শিঙেল-উ খম্বালগুম্না।
ময়াম অহু তাসিনখ্রে চিংয়াং মতা কবদা,
অয়ুক হন্না লাওরক্লে "মোইরাং নিংথৌ মমোমলোই!
ননাই ঐখোই লাঙ্গরে! গুণ য়েংজনিংহুনা

তৌরুবনি, কনবিয়ু।—থংউ কবো লংলোইশা!—
ননাই' খোইবু ঙাকপিয়ু চোরোন ননাই ওইজগে!—
ঙাংঙক্নু তাম্নিংদে।" হুম্না লাওরে খোইবীনা॥
কবো নিপা শিংথুগী মবক্তগী অমনা-
"হা! ইবেম্মা শাওবিম্নু লেংশিনবিয়ু মাংদেদো
'খোইনা য়োক্ত্না থমজৈ, ইবেম্মনা চনবিগ্রো,
অতৈ থিবা ঝাবনি।" হায়দোকউবে অমনা।
ইবেম্মদি হন্নাওরে। মবুক শেংবী ওইবনা
হায়জবথু তাবদা থোজান হৈবী মহৌশা,
নুংশিবিবে মযাম্বু। ইবেম্মনা—"ইবুংঙো
চপ্পগেকো।" খুম্মকই। মযাম অহু কিনরে।
হোরেন কবো নিংথৌদা তম্মুরবদি মাংঙে।
হায়বসিগী হায়মরক তৌমরক ওইথুন হুম্
তিঙক তিঙক লৈনরে। শিংকম-হুদি মযাম্না
খোই শারি হায়নথুম্না শোক্লদবা মকম্নি।
হুম্না থোকউ হাযবগী লাওহৌরম্নু কদৌবা,
চিঙখুম তিম্নদে হায়নি—হায়বউ কিক্লবদগী
"শোকউনু খোই লৈবনি" হাযদোমক্তা হায়হৌদে।
মহৌশাম্নু তৌজদা সুপী পাঙল ওইবনে।
খোয়ুম মাম্না পিবিরে সুংঙাইজরে হাযথুনা,
শিং অহু ইবেম্মনা চিংউরে পাক-পায়থুনা।
পায়থোরক্লে খোই-য়াম:দা—পাদোই সনা হকচাংদা
তু-খোং 'মগা খোই' মগা পারে চিক্লে। ইবেম্মা,
হা-ইমা, হাযরম্লগা—হৈরাং মমুন-কবীনা
মালেম লৈদা কেনবগুম খোইবী মদোম তুথরে।
মম্নাম চেন্নিরক্ত্না খোইয়াম অহু হাত্তোকই,
তিন্ন-চিকপা লৈরাংগুম ইবেম্মদি মন্তগদো

ভাযে ভিংদম্ শিথরে। চযৈ খাংচেং-মণ্ডাইরে
অৌত্ত লোইনা ভাহৌরে। হকচাং অহু কামথৎলে।
খোইগী মচা লৌহুনা তৈরে নোইখাইরহুনা।
হিদাক মনা মহি-তৈ—চিং এন্সিন থিহুনা তৈ।
রাম্বুবদই ইবেম্মা—মৈচাক কোল্লকপহুগা
অহুম ইংথরকপদা পোৎখাবোইনা ভুমখরে।
কবো মচাশিংহুনা, তাহৌরিবা নমথাংনা
নূরা মোমলোং শেম্বিরে। উশা পুংবা অমনা
য়ুংঙে সনা নাক-ভুদা—মালং ইচিক লাংহল্লে।
হন্দোক্লরে মম্নামদো। নুংশা থিনখিবনা
নিকপ্রে কবো শিং অদো। শিংবু ভমা থিবিরে।
চেৎন নাম্ন পুহুনা লুখুম ওইরপ য়ুংলমই।
নুবা মানা উদবা থুপ্তক ভৌবা মক্ষমদা,
হন্দোক্লনা লৈনরে। বাভামরে—"কম্দৌনি
সিনা হোংরেন ঐখোইবু—শিগদৌবদি নত্তেদো!
কবো কোন্নুং য়োৌরগা ইনিংথৌদা তম্মুমো,
হিংগদবা। চেন্সিরা? চংহৌসিরা হৌজিক্লা?
হায়জবদা য়াবিমো কৈ, হুদি নত্রহুনা,
শক খংঙো ফারো হায়না চংউবহুম থোক্লদ্রা।
ভুমুরাকপা মপূদা চেন্সিন্সিরা কমদৌনি?—
নূরাসিনা কন্দানা কন্বিনবা ঐখোইবু
লৈতে মপোক অসিগীঃ চংসি, চংকম অসিদি
লংজকবা অসিদা চংলদদা ফগনি।—
ফরে হুদি হায়জসি।" স্নুম্না থম্নে মম্নামদো॥
ইবেম্মদি—মণ্ডহুদা—লম্লান্-কাইগী খোইরো-দি
লোয়ম্বলমজা খম্বা, মোইরাং লৈপাক অহুদা
নূরা মস্থুংলাংগীদি কং-শুম্না তাউ—লা-শুম-কা,

পাখং চেন্‌সি চেনফদা—নুরা হৈনা ইনফদা!
সরং মুংদা তাররবা সয়েন মাবু ওইহনা—
চক্রবাকতি চেক্লানা ইমুং মতম্‌ ভাইবগুম
বানা লৈহৌরবদো, সোম্বা চিংদা উরক্লে।
খুমন চংসিল্লক্লা—"নুরাই-বেম্মা মুংশিবী!
পাখং থবাই ওইবীও! অম্লুক বাব-সিম্বাবু
থারকপগে কনানা? কবো চায়নগে হায়্।
তুম্‌ কোম্নুং থুগাইগে।" শাওনা হংলে থোইবীদা।
চেক্লা মকম কনবদা নোংজু মুংশা নংবগুম
পোম্বী অমোম শিংগুম্না ইবেম্মা খুম্মকই,—
"থংলেন শাওবিখিগম্নু! তুম্‌ নিংথৌ ইপানা,
মহাবাণী ইমাম্মা চংনিংখোম্বী মহাক্ন্
কৱি লাঞ্জব-নত্তে। ননাও ইপাপ কোকৱা
চংচবনি ইবুংঙো। থংলেন কুইরে কায়নবা,
ইপাম মোইরাং লমদমম্‌ ননাও ঐবু যেংজগে।
চুম্ন-লাকচবদগী চঞ্জবনি লম্নাই-শিং॥—
কৈদনা হুদি 'বেম্মা! ৱাররিনি নহাক্তি,
খম্ব-ইম্নুং লাংগীনা! চনবিরমগে ঐ-শিং-সি॥"
হায়রে খম্বনা শিং-হু খিরে, পুন্দুনা যুংলে।
"ইবেম্মা ঐ চংলগে, কবোদা চংলি হায়বা
নপাই 'বুংঙো তারগা মোইরাং বাখোক ওইগনি,
নংনা মাহু কিত্রগা থবাক চুংবু ওইনগে
পাম্বোম তা-ওইনহনা মোইরাং তুম্ন হাৎনগে
ইপু ইনাই কারসি।" হায়রম্লগা চংখরে।
ইবেম্মনা—"লোমুহ! থংলেন ভাহাক ঋাইবিখো!
কৱি হেকত্তি চংপগে ননাও মুংশিত্ররবা!
পাম্মু পরৈ অরূবা মুংশি থোক্লখিলিবা!

কোরৌ চুপ্পা শিং-সিদা নখাও লাকচবসিদা
লাইজ ইখৌ লাওঙেদো।" হায়না থাম্মি মঙ্ তুদা।
খম্ব মানা খুম্মই—"নুরাই 'বেম্মা অতুদি,
চিং-জুম লাইজ থিরুগে ঙাইবিরমখো॥" হায়তুনা
চৎখ্রে খম্বা অতুম্মা। থোইবী ঙাইরে লাক্কবে॥
"শাবি 'বুংঙো লাক্করে—মাঙ্গ কৈদৌরবনো।"
খনবদগী থোইবীদো অতুম মঙ্-ফাওনবক্লে॥
কোইরৈ লৈতুনা য়েংই,—শিং-মুংতুনা লৈরমই।
চরৈ চোইনা তারম্বা—চিং-এন্সিন্নচিংবগী
নুরা হিদাক তৈরম্বা উরে খুদম ময়ামদো
থাদোই পুম্নাও ঙাপথরে। "মঙ নক্তেদো, ঙাইবংদা
লেংবিরকপা মাঙ্গবু; লাইজ থিনি লেংখ্রগা
হল্লক্করে! ইবুংঙো! লোইদাম অমুক কুইববু
উনদরবা নংনি। মোইরাং বাথোক কিতুনা
তৌরবোইদো মহাক্কে। খংলেম হনবিরকখোবা।"
হায়না মজা ইবেম্মা,—য়ারৌ সভাই অমোম্মা
মথংলেনবু কাপ্রবা শাদানবমা মতমদা,
কপ্পঙম্না কপথরে, সোরা চিংগী লথদমদা॥
অপংবা অঙাংদোঙুম ইবেম্মনা বারিসি,
উরে কখো শিংতুনা—"হা ইবেম্মা, কপকনু!
নথংলেন-তু লাক্-অম্‌দো—তুদি হা ইবুংশিংবু!
য়েংউ শিং চনবিরমই, য়েংউ লৈরিবা শিং-সে।—
ঐখোইনা চনবা শিংনি। থোইনা চিক্কনা নংদি
বাম্বক্করে খংঙরোই। তরেৎ তম্বা ঙাংইদি
শাওরগনি খম্বুমা 'থোই লৈবনি শোকউম্ম'
লাওজহৌখ্রে ঐখোইনা। পাপী অম য়াওতুনা
মীনম্মরে নংঙোন্দা। মুরা নংনা তুমবা

বাম্বরম্বা মঙরদা চংজহনা খোই-খ্যাম্‌দো
হাৎলি ননাই ঐখোইনা। হিদাক লাংথক তৌজেদো।
'বেম্মা ঙাহাক চেপউরে, নথংলেন্দো লেংঙক্কে ।।
মচিন খিব-ননাইদো ননাই ঐখোই ময়াম্মা,
য়ৈবা মখোং য়ৈরগা হাৎকে তৌরবহৃদা
চেনখ্রে থবাই পুহনা ঙাকপিয়ু ননাই 'খোইবু!"
হায়না লাওরে হায়জরে হন্না হন্না কয়ারক।
খোয়ুম শক্তি লৈরবী থাদোই মাম্মু থাজরে।।
"মীবাই তামগী ইবুংখোই! ইবুংশিংগী নমন্দি
করম হায়না শিংগনি। তুম্মু কোন্নুং য়োরগা
পাপ্প, চেনবী নচম্মা তরা মথেল লুক্কোই-লাঙ্‌
চাক-কৌজগে মুংঙাইরে। ঐবু লংনরম্মিবা
ওক্তবদি ইবুংঙো! পাথং মাম্মু য়াঙরকউ!
ঐগী ইরাইবরন্নি শাওজদরে নচম্মা।।"
মুম্না লাওরে ইবেম্মা। অহল ওইবা অমনা
শিং-বুল অচু থিল্লক্রে। পেল্লহনা "নহাক্তি
লেম্ম মাঙংগম্মকো।" বোর সিমা পিবিরে।।
মজাই' বেম্মা থুংখরে—কবো কোন্নুং লৈক্নমদা।।

---

৮

# থোইবীনা কবোদা লোং থোন্‌বা

শিংজল্লুবা মুমিংসি খর থেংঙে লাকপদা,
চংনিং খোম্বী মতানা—"মোইরাং ইতা ইবেম্মা!
ঙসি নংগী নতৌসি, ইপা তুমু নিংথৌনা
তারবদি মাঙেঙদো। নিংঙোন হায়বা ঐথোইসি
শাজৎ য়াম্মা লুবনি।" হায়না ঙাংই ইবেম্মদা।
ইবেম্মদো ইকাইয়ে। "ঐবু ঙসি শাওশিন্না?
খল্লুবদা "চুমইনা, ঐগীদমক হায়বনি।"
অসি খল্লে শাওদরে। "কৈনো ইতা ইবেম্মা,
নুরা নবুক শেংলদি কন্নিগীদি থেংলকপা?
হায়্‌ হায়্‌?" হায়হুনা হংঙে চংনিং খোম্বীনা।
লোইন তম্মে'বেম্মনা। চংনিংখোম্বী, পোংম্নে,
ময়াম চংনা য়েংবদা খোইগী ময় মক্তনা
সনা হকচাং অহুদা ইমু মুনা লৈরম্মে।
সংলে মমাম চংদনা মুংঙাইতরে মমামদো।
লাই-মক্লা থোরাংনবা, সনা' শাবা হকচাংদি
কোরো মানা য়ৈব-ফাও কুচু মাংনি খন্দুনা
মঙান্‌ থাক্ল-থাবনি। মুরাই দোশা অসিদা
বারসম্ম নিংইবা চংনিং খোম্বী মতাদো,
থোইবী মাগী গুণ-হুগা বারুরিবা অহুগা,
মতিক চামন্‌খিদবা থবক অহু খন্‌খয়ে।
থমোই শোক্ল মুংঙাইত্তে।—"মোইরাং ইতা ইবেম্মা!
কবো নিপা শিং-অদো, হায়্‌! মশক থংবন্না?
ইপা নিংথৌ তাক্কদো, দন্দি কৌগে ঐহাক্লা?—

ইতায়'বেম্মা শাওবিমু, চুমই ঐবু মুংশিবা,
প্রেমতুদগী ইতানা ঙাংথোকপিরকপতুদা,
নত্তাই অরা পুম্বদো,—অমোৎপদি অচাকপা
নতা ঐগী থমোইসে লাইজ থিক্লেল ওইজরে।
ময়াম অদো বাখরে নতা ঐগীদমকৃতা,
অঙাং 'পংবা 'মত্তনা থোকহনবনি থোদোক্নি।
থোইবাং লম্দম্ ইপামদা থোক্লম-লৈদি মথোইমু,
শেমগদনি মতানা। ইত্তাই কৃপা লৈরদি.
মথোই তরা মঙাদো শেমজরুগে।" হাযরকই।
মুম্না বাবি শান্নরে লেপ্লকই ইমুং অসি॥
থোযুম মানা শেম্বদা ইবেম্মগী দশাসে,
লুম্ন চাওন শেমগ্রবোই. থেংথাং থেংথাং থমদুনা॥
ইমুং মমৈ ওইবকলে—চংনিং মবুক অতুদা
মথল মথল খল্লকই। চংনিং ঙত্তা হোৌগংলে।
তাইবং মীরোন-নাইববু চেক্লা লোন্-য়ামদবনা
য়াকৈবগুম থোইবীবু হোদোরক্লে চংনিংনা,—
"খোইনৌ ইতা ইবেম্ম: মুংশি খোয়রোয় চামবী
ইমুং ঙালে লেংখৎলো তাম্বিবরা।" হোদোকই।
লেংখৎলক্লে থোইবীদো। ঙাহাক পুংগোই লৈরগা
চংনিং মানা হৌরকই—"বাররিনি ইতা-ও!
ঙবাং শিংজা চল্লুরে।—ইতা ইবেম্মা বারে।—
হৃদি নংবু খোদাবা মত্তে বারোৌবিগনু।
ঙাতেক-ঙানৌ তুম্ চাসি। নংন-খিৎ হৈ শিংইদো,
ঙসি ঙাতুম ফারুদা।—ফনি ইতা ইবেম্মা।"
হায়না থুমই থোইবীনা। পামু লমন শিংলগে
মুংশি মমুং লাংগিনি বাজবাগে লেপখরে॥

লৈয়ে তানগে লেংলক্লে। পয়া' চেপ্-তায় লোং, নুরা
সংগাই য়াইনপ-লোং—লোংলেন থোইবী খুৎত পায়হনা,
ভুংগোন খাংদা থাংহনা—কোয়ৌ নোংদা থোক্লবা
থাজ মানা তংতুনা মালেম লৈবায় অমোৎপা
উকুল লৈখোম্ মথক্তা তাবগুম্না কুমথরে,
কোয়ৌ শিংবুম মণ্ডানি চুপ্প লৈয়ে তাম্লকই।
পামু মস্থং লাংগীনি বাই-কৌবদা সোনথরোই,
ঙম্মোই কৌব হায়থরোই লেপ্খি নুরা পুক্লিংদা।
মণ্ডানিগী লোং-খোনবা লোসি পাংকী মস্থংদা,
লু পাং কৌবা লমদমদা লৈয়ে মাবু তাম্লকই।
হবেম্মনা লোং-অহু লাঈজ মুংদা থাদরে,
খোং অনি থিল্লহনা লৈয়ে মাবু থোরকই।
তম্ফা ময়াম ওমহনা চিক্লে নুবা মহাক্কী
নৌজরবী খুবোম্দঈ খুকউ মথক হু-ফাওবা
লাইজ ইরোন মুংদা মুক্তা যুম্বী ওইবদা।
লোং অহু শোংগৎপদা য়াওরক্তুরে ঙা 'মতা॥
খর অমুক কুমথরে অহু ফাওবা ঙা-লক্কে।
তম্ফা চিকই হায়বাস ইবেম্মাদ থংদরি।
অমুক খরা কুমথরে অহুদমু ঙা-লক্কে।
"ঙা লৈত-বোইরেদনা" খন্দুনা ইবেম্মা,
লেপ্পকপা মতমদো, মুথাই হকচাং তনৌবী
নৌগ নৌই মথক্তা মতম চুপ্পা চবৈনা
খুম শরুক অমুক ওই, নৌজরবী হকচাংগী
উন্শা অহু তুপ্লক্লে। তিম্ফা ময়াম অহুনা
চুপ্পরক্লে ঈ-অহু। অহুদদা থোইবী খংঙকই
সজিক সজিক লাওরকই॥ ওইথংবা সনা খুৎনা,
নাম্বকবা মণ্ডবদা পুম্নান নায় ক্লি-ক্রিক হেক,

ইরবচু থেংনরে। পাখংখয়ে ইবেম্মা।
"হো ইমা" হায়রদুনা চেনখৎখরে কংকাম্মা।
খুবোমদগী হৌদুনা ওম্‌ইবা তিম্ফা ময়াম,
খুবীং খুবায় অকংবা ফুমদি খুদাপ অমনা
ভুকথজরে। খুবোম-দো—পুমভাং ওইনা ভাংখরে।
'ভৌবা থম্বাল লকাদা সিন্দুরনা চাই-শুয়ে।
কিখিবমা ইবেম্মা থক-থক নিকই কিখরে॥
পাপকী মপোক ওইরবা জীব ময়াম অদুবু
বারৌখরে চৈরকই,—"পাপকী মপোক সিদগী
ঙসিদগী লাপ্পুরো লোইনা শিম্মো, অদুগা
মপোক থিবী থোইবীনা কুমজরম্বা পাং নংত্রি
ঙসিদগী হৌদুনা তিম্ফা হায়বা জাং অসি,
ওইরসনু লৈতবা।" থোইবী বোর পিরম্মে॥
"কাম্নদরে কারগে, ফাত্রে ইকাইদা।"
সুন্না খম্না কাররে ॥ থাদোঈ সুন্না লাকপদা
বাংত্রেন খান-চাওবদি মবুধৌনা উররে,—
"ইকাইরেনা ইসুদে ঙা খরদি পিরুগে।"
হায়না লাক্লে, থোইবীগী হল্লকইবা লম্বীগী
ময়াই মক্তা শেমমরে কোম্‌ মচাদি অমথক্‌।
তরু তরুঈ ইশিংদো, হুপ্পৌ হৌই মপান্দা।
ঙাখা-ঙাক্তা সরাই-হেক লাওনা চোংই মাংহুদা।
থোইবী সংত্রিক য়েংবদা ঙা অচৌবা অমনা
লৈরদুনা ঙাখানা চাখৎপোইনা উরকই ।
কুমগদবনি কিয়ে—মপান্দুদা লেপচরে।
লোংদুনা কোৎলুবদা লিকোনশুম্না লুরবা
ঙাখ্রা দু ঙাক লোং কোৎ তুং অনিরকতা তুংগোন্দো
থংক্রোক তৌরে, ইবেম্মা মখা অযুক তারুদে॥

স্বর্গদগী লাইশিংনা মালেম খুংগম্বগুম্না
লোংগ-ভুংগোন অতুগা মুম্না কোক্ত থোংহুনা
লেংখৎলকই থাদোইদো। থোয়বম কম্বাগুম্বনা
পিনখিবা লেয়্যেনো থ্যাম নুংদা খল্লকই।
য়ুম য়ৌবদা চংশিংনা—"থোইনৌ ইতা চায়বী
য়াম্বা ওম্না হল্লকই শাওরহুনা তৌবরা,
লেয়্যে কায়কত্রবরা?—মপু নংনা হায়ববু
মনাই ঐনা শাওগদ্রা ; খর কারে ওকত্রদি
লাক্-অবনি ইতাও। —বাতা সিবু করিনো,
নশিংলনো ইতাগী?"—হায়না চংনিং চাওথোকই
য়েংউবদা ভা অতু চংনিংথোম্বী হরাওরে।
থোংবান মচাই ইশিংগুম ভাহাক অমুক হরাওই
অমুক থুনা হেক শাওই। ম্নমদাং ওইরক্লবদা
চংনিং মানা—"ইতা-ও? ভসি ইতাই ভাসিদি
য়াম্বা হাওদৌ মানখরে চামিম্নসি ঐ থোংগে?"
হায়রে। মজা ইবেম্মা—"কবো চম্নু অসিদি
হেঞ্জিল্লকদৌরেনা ; মমুন্ কাহনখিগেদো
দুগা চাগে।" খন্খরে। ইবেম্মনা থুমমকই—
"ইতা ইবেম্মা ঐদি মীগী খুং কয়া চাদে।
ইয়ুম মোইরাংদম্বনি, ইপ্পা, ইমা, শিংথৌনে,
মহাবাণী, সিদদি চাই—ইপুরোইবগী 'মা।
চাফৈ ঈতা থোংবম্ব-অম্বুম্নদি ওইববু
নবুংহুবু উজ্রিকাও চারোঈ মীখুৎ নিংখরে।"
কনথোরকই অম্বুম্না॥ ফরে হায়রে চংশিংনা।
ভাখা ময়াম অত্থবু মহি লাংন থোংহুম্না
থকপগদি ভোৎপগা ইরোঈদনা চাখরে।
চুম্না চাদে হিপ্তুনা পোংথা পোংথা চায়কঈ।

মনাই পোংস্থু কৌবিনা "য়াম্বনমক্ম্ চায়েদা।—
চাদনকো, হাওইদো।—হাওরম্বিনি হাবিম্নু।"
স্থম্বনা হায়নৈ মুংঙাইনৈ। ইন্নুং অসি লেপ্লকই।
ইবেম্মদি বাক্লরে—নিংথৌ মচা ওইবগী
নোম্মক্তবা মহৌশা, সংলো লাংব-লেংবনে,
শিংজল লোংখোন তৌবনে মৌজরবী হকচাংদো,
বারে ইতুক তুকুথরে। কোয়ৌ মাং-ওই মাংওইনা
ঙস্তা ঙস্তা লেংখৎপা তৌদ্রে মুমিং অহুদি।
চংশিং ঙস্তা হোঁগৎলি। "মোইরা' চম্ন ইতাবোই !
কৈনো, ঙয়াং নহাক্স্ ইতৎ তৎত্তে হোঁদোক্লে।
ইতাই হোঁদোক্লনবা মীনাই তোঙান থমগত্রা !"
স্থম্মা থারে খোন্দাসি। ইবেম্মস্থ লেংখৎলে।
সনা পুক্লিং অহুদা, "পাপী সিগী খোন্দাদে।"
স্থম্মা খম্না য়েংহৌই। সনা চিন্দি থোকউদে।
চাক চারো থোদারকই। চারিঙৈদা "লোইত্রিব্রা ?"
হংজিল্লকই থুৎথক্তা। ইবেম্মনা—"ইতা-ও !
লোইরে লোইরে, করিনো ?—বা নৈহুনা তৌবনি।"
হায়না হায়না ইবেম্মা লুক-তু হাব লোইরক্লে।
ইবেম্মনা "ইতাবোই ! কবি বানো হায়বিরো !—
হায়নি মোইরাং ইতাবোই।" স্থম্মা চক্রি থাংনরে।
পোংস্থু কৌবী মনাইনা কম হায়সি ঙমজদা
মবেম্মঙাক ওইবনে, সমু লংহি' পুন-গুম—
"বাহৈ শিংশি কায়নরে—তৌনবিস্থ ইবেম্মা !
তুমু মমোম নিংথিবি।—পোংস্থু ! কমি খংহুনা
ঙাংজরবা শাবরি !—খংজে 'বেম্মা ননাই ঐ—।
সিদই হেজিল্লবদি, পাবুং মহারাজদা
হংগৎকশি ননাই ঐ।—হায়জরুনা কৈদৌনি !

মীনাই নমিল্-লৈবরা ?" মতাং সিদা থোইবীনা—
"তম্বুম পোংন্থু ইতারোই ! তম্মুগম্মু ইবেমমা.
হংগোইশদ ওইবগী পংতাং তাংনবনিদা ।"
হায়না খামই পোংন্মুদা। "ফজেদকো ইবেমমা !
মোইরাং নিংথৌ মচাও।" হুম্না খনখি পোংন্মুনা ॥
চংনিং মতৌ অসিদা পোংন্মু লোইনা শাওখরে ॥
"খরবা হৌনই খন্‌বনি—পোংন্মু ঐগুমবনবু,
ইমন্ লৌনখনবরা—চৎলগেদো" খুললক্লে ।
পোংন্মু কৌবী মনাইনা—"ভুমু নিংথৌ মমোয়োই
সনরিক চংনিং খোম্বী ! চৎলুখিগে ঐ যুমদা ?"
চংনিং মানা—"করিগী চৎখিগন্মু" হায়বদা
চৎখ্রে খাম্বা য়াদনা চংনিং মদোম ভাইহৌরে ।
তুং-অসিদা থোইবীনা—"ইতা কৈনো হায়বিরো।
অসাই হায়নি হায়বদো।"--চংনিংনা—"মোইরাং ইতা !
ঙরাং নংনা ফারকপা ঙাদো য়াম্না হাওখরে,
ঙসিম্মু ফারু চাসি !—ঙরাং ফাব-ঙা হুবু
ঙসি ফাব-কৌনদে। ঙরাং তিন্ন-চিকপগী
শাইজ নাই কৌবহুনে ঙমমোই যুমগী সিম্বা-থাও !--
করি বানো ননিংলা ? মপু ঐগী য়াথংনি
চৎলু চৎত য়ারোইদো।--করি হায়ে নংগুম্বা
কবো ইরোঈ লংলোই মং—খংদবরা ঐহাকপু ।"
হায়না মজা ইবেমমা। প্রলয় ওঈনা শাওরক্লে।
চংনিং খাংব-ঙমদরে। "শাওমনখরে করিনো !
করে ইতা অহুদি, মোইথাপ মমা সিমমা
মকি লংহুম ফাবিরো। লংহুম হুনা কী-ম-শাও,
হুদই লেম্বা অহুনা নিংভোল লম্নাই ওইবিয়ু।—
করি ! কবো লিম-জাবি ! লিম্না চাবায়ুনা ভানবী

খারৌ চময়ুৎ চারিশা! কবো শেখী মরাং লাই,
কুয়া ভয়া মিৎভাংবা কৌতুম মুনিগী মনাই!
নপা' ভম হৌনত্রা? কবো খুয়া পাঙ্গোম-লোই!
নহান মখে লাক্লবা ঐবু বাহল্লবগী
লমশিংগে ওসিদি।" হায়না মজা ইবেম্মা,
পাম্ব-মখৌ কনবনা নজি সংঙাই কাবগুম
চোংসিনখিবা উহৌদে। কবো চমু চংনিংগী
মনাই খাগৌ খেৎলবী লুতুং-শম্লাং নিংখিবা,
সনা খুৎনা পায়খরে। লোংন-চিংখুই, চংনিংদো
নামন খিবনা "অমে" হায়, "অমেবু হায়ব-শাই"
মচিন অহু স্মুদৎলে—পোংমু মনাই চংখিবা
ভুং অসিদা ইমুংদো থোইবী চংনিং অনিবু
খাম্বিনবা লৈখিত্রে। পোইমু ফুদিৎ ফুবগুম
লাংবন উৎতি ওৎপগুম সন ফুবগুম ফুরক্লে।
কাওবগা মেৎপগনা, চংনিং ত্তিংদম শিথরে॥
—'কনবা লামগী ময়াইদা থোকপ-দুর্গা ওইখরে,
কবো লৈপাক অতুবু মথক মখা ওল্লগে
নিংঙে, লেপই থোইবীনা। চংনিং জ্ঞান, লাক্লবদা
মমিৎ লৈন য়েংঙকই—খাদোই মানা খংহুনা
য়েংজব-শায় চৈ-বুজি, হায়রদনা নাচৈ'মা
সনা খুৎনা লৌহুনা হৌগৎকাত্রিঙৈহুদা
কারল লাক্ল ফুবিরে। মশম অমুক পায়হুনা
ইশিং পুন্দা চিংশিল্লে। উৎক ইশিং অহুগা
মচিল অহু গুহুনা কয়া অমা য়ৈথরে।
পাংগল হেল্লি খম্বুনা চংনিং শিজিন্নখরে॥
চংনিং মানা খল্লকই—"মীরৎ মারন থোকপদা
হৌগৎতুনা চেল্লগে—ভাকে ভুমু মপাদা।

হায়না লৈরে ভাইহনা। লৌশিং চাওবী থোইবীনা—
"কবো মরৈপাকনিকো ঐনা হায়া চৎহুন।
তুমু নিংথৌ তাকহৌগে; ফুমন খয়ে, অহুদি
চৎহনখিরোই চংনিংসি।" খল্লে। চংবিং য়েংহুনা
"থংগনি ওসি নুমিৎতা শিত্রি ফাওব য়ৈগনি,
হেকত-লেংউ ওসিদি।" হায়না চৈরে থোইবীনা।
কিখিবনা চংনিংদো শোর ফাওব হোন্দরে।
চৈরকসিদা থোইবীনা পাংথোক মকা অনিদং
থুনা থৎলুরহুনা মৈদা তম্না য়াইখরে।
সনা হকচাং অহুদা কারন কারন কুহুদা
মদোম চৈক্ষম শেমজরে। পুমভাং ভাংন পোমখরে
চংনিং মচিন নোইবগী উৎক ইশিংগা লৈব
হুদা ওল্লে শুম্লাংমু হকচাংমু, উৎনা তৈরে।
চংনিং হুন্দোক্লমহুনা—থবাল হায়বা থাজগী
মপুং ফাব পৃথিগুন "ইপা তুমু নিংথৌও,
পলেম মহারাণীবু!" হায়না থোইবী লাওহুনা
তুমু নিংথৌ মনাক্তা চেন্সিল্লক্লে হায়না॥
ছাইওন-ফবী থোইবী নুরা খোক্ষম ভাবদা
তুমু নিংথৌ মপানা—"কৈদোরবগে?—
ইপাই 'বুংভো ঐহাকনি লাইবক খিবি থোইবীনি!—
হীঃ! করিনো, ইচাবো" হায়না তমু নিংথৌনা
ফারে মচা ইবেম্মা! তুমু পুমংক ভকখরে,
থাদোই মাবু কোন্দুনা—"ইমোম থোইবী করিনো!
চৈক্ষম লৈরেনা সিদে!"--থোইবী হিক্-হিক্-কপ্পুনা—
"পম্মৌ ঐবু ইভাম্মা, মাগী কাদ-তাভরে,
তৌব য়ারে হায়হুনা—থালে য়াম্ন য়ানজরে,
লৈরে খিক খিজরে, লোইবী থক্তা কাহুনা,

শিংজা চন্ন চঙ্গয়ে, তৌ হায়-মথৈ তৌজরি।
ঐবু 'তানা ঙসিন্ন লেপ্লে থিক্ক হায়বিরে।—
ঙসিদি ঐবু ইস্তা হকচাং অসি ঙমদরে,
হয়েং চৎকে হায়বদা, চৎতবা য়াদে হায়না
খোদাবিরে ঐহাকপু ঐনা ঙম্মোই হায়রুরে।
চিন্নক্কা খুমই হায়না—যৈবিরিবনি ঐবু।
পন্থৌ 'বুংঙো যেংবিয়্ন। ইনমদা কুবা পুম্বা
কুঙ্কে পন্থৌ কুসনু। মীগী শম্-বু অম্নুম্না,
ফোইদংপিবা হৌনত্রা!" হায়না খাদোই মমিংতা
পি তরং তরং চেন্থে। মুরা ওইবী শিংচুপী
মনম্ তৎন কুবদা খোইনা বাম্বৌকদবা,
মাগী লুন খমজবী লুন তৌবা মাদবু,
শম্নাং হায়বী লম্ চুবু থেংনা পাম্মুজবদো—
অচুগুম্বা পুক্কিংবু উৎলে খোইবী তুমুদা॥
তুমু নিংথৌ শাওবনা মৈরী খোক্কা লাওরক্লে-
"মহাবাণী কৈদৌরি! ইশিং পুরকউ থিল্লে!—
কৈদৌহৌই নতাদে?—ইপাই বুংঙো লাক্-অনি।
অপোকপা মক্তি ঐবু নৎতবা কৌবনিনা—।"
হায়নরিঙৈ মক্কদা চংনিং মাম্ন থুংঙরে॥
চংনিং মাগী মঙংস্ন মজাইবেম্মনা ফুব—
উৎতা নৈরম-চিংলম্বা মুক্তি অচু ওইহনা
চেপ্পরকই অচুবু; চংনিং মশক উখিত্রে।
মাবু পোকপা তুমুদো—"করিনো-হায়" হায়হনা
য়াম্না থিন-লাওখরে। চংনিং মবুক মুংঙাইত্রে,
মুংঙাইতবৈ মথক্তা—"পন্থৌ 'বুংঙো ঙাইবিথো!
ইত্তানা ঐবু স্মুম্না—য়ৈরম্বনি অচুগা,
য়ৈদে ঐদি মহাকপু—।" হায়না চংনিং তমজরে।

মাগী মরা তাবিদ্রে—"নচিন থিনু চিঙ্খিবী।"
হায়না য়াম্না থি-মথৈ চংনিংথোম্বী চৈক্লুনা
মপা' য়ৈগে তৌবদা মমাই নাক্তা চেন্খরে।
মহারাণী লাক্লুনা হংগৎলরে—নিংথৌদা—।
অমুক হম্না নিংথৌনা মমা মচা অনিবু,
'মুক-ম্নু হম্না চৈরক্লে। তুমু স্নুংশা থিবনা—
মমা মচা অনিবু য়ৈগে হায়না চোংশিল্লে।
"পংস্থৌ 'বুংঙো ঙাইবিথো" হায়না থোইবী তুমু-বু
লোক্তা হৌব উচান্দি পামেন মউ নাপ্লদা
মালংবনা য়ৈবঙুম খুজেং পায়ন-থামথরে॥
থোইবী মাবু য়ৈ-হায়বা পাওসি মোইরাং তাপ্রাগা,
কথো মাংবা তাখরে—হায়বৈ স্নুংশা থিবনা
কবো নিংথৌ য়াখরে, চংনিং মমা মচাবু,
হন্না হম্না চৈখরে।" নংনা নচা চংনিংবু,
হান্ন চৈদি চৈদানা করি নচিন্ চোন্বগে!
নমা নচা থংগনি। থোইবী হায়বি ইচাদি
কবো চনু নংগদি করি পাজক্লবগে!
নংদি ইচাই-মীনাইনি। করিগীনো নহাক্লা,
মণিগুম্বী ইচাবু নত্তিক করি লৈছদা,
'ঙা থিক্ল' হায়জরুনি। থংগনিদো ঙসিদি!—
কবো মন্ত্রি লৈতরা? পুং য়ৈম্নু লৈপাক তিম্নু।
কবো চনু লক্মোনবী কথেন খুদিং পুতুনা
খুংগোইনগে তৌগেদো।" লাওরে তুমু নিংথৌনা।
তুমু লৈপাক অপুম্বা—"লক্মোন্ মল্লি তৌসনু।"
হায়ন লোইন মায়রে—লৈপাক ওখাক তিনখ্রে।
থোইবী নিংঙম্-মক্তরে। মপাই মঙৌ উবদা
মমৈ হুদা কিয়ক্লে—"তৌদ তৌরগদবোই"

থাদোই মাস্থ নিংথরে। থবাল মানবী মিৎ-তনা
লৈমিনথরে চংনিংদা। মুয়া অনি মিৎ-অদো
লু-দ চংব লিলাগুম তিঙক্-তিঙক্ য়েংনরে
মচা অনি' মিৎ অদো তুমু নিংথৌ উথরে।
মুংশিনরে হায়বত্থ নিংথৌ বুদ্ধি ওইথরে।
লৈপাক মীয়াম তিনবদা তুমু মাবা লাওরকই।—
"ইচা অনি বিচারদি ঐ ইদোম তৌজরনি
লৈপাক য়াওবিরগমু।" মপুই য়াথং মংবদা
লৈপাক চাইথোরুথরে। থোইবী চংনিং অনিগী
মবা হংবা হৌরকই। চংনিং মচা চৈহংলি
থোইবী' ঙাংবদা লৌই।—মমৈ থংদা তুমুনা—
"নহোয়-'নিগী বিচারসে লাইগী সাথী য়েংলসি।
মী শাবদা তায়রো, অহেন্‌বনা চুম্‌গনি।
ইমোম থোইবী কম্‌দোই ?—ইপাই'বুংঙো ইতাদা—।
চংনিংথোম্বী কমদোই ?—ইপাই'বুংঙো তায়গে।"
হায়রে হংঙে মপানা—মুরা অনি য়ানখ্রে॥
কাব্রংলং-কাব্রংলং দি, কবো অশেৎ অবাওবং
সেম্বী মচুকি মুকা-লং হৈনা-লংদি কোন্দোল-লং
চিংসুউ লংদি নাপাক্-লং খেউ-খোংদাং পামেল-লং
নিংথিজবা লং-অত্থ ফিবু অময়ম্‌ পিরে।
মুরা অনি থুংতুদা তুমুরাকপা মপানা॥

৯

# ঙি-শাব তাম্নবা

ঙুরা 'নি উব-হনদে, মদোম মদোম শাহল্লি।
চংনিংখোম্বী মাগীন।—চিংলাই লিম্নচিংবগী
কজ কজবা মওংদা য়েক-খোত্তুনা শারকই;
চিংখোং লাহ্লো ফীওংনি। নিংখিজরে কী অদো॥
মজাইবেম্মা মাগীম্থু চৈরে অতু শারকই—
কী অসিগী মশাদা পুখ্রি অমা হাপ্লকই।
মোয়ুর অমা য়ুংই উচেক অমা তোংহল্লি।
চেক্লা মখোং নাম-না লেপ্নে অমা পাম্নহল্লি।
চেক্লা মচিন অহুনা ভাতু শেংতুনা চারি॥
পুখ্রি মপান মখিদা লৈরাং পাম্বী হৌহল্লি।
লৈরাং ফুগাইনা শাংলি খোইমু মপে পাইহল্লি।
ইশিং কংফান তাইরবা-মরকতুদা হুপ্নৌনা
সংন-লেংন হৌহল্লি, ঙখা সংগু চেলহল্লি।
থরো থম্বাল হৌহল্লি, কয়া অমা শাংহল্লি।
অপোম্বনা কয়া'মা। লৈরাংশিংগী মরক্তা
লাইজ চেক্লা মখৈনা মথল মথল ওইরবা,
কাওঙ-তাওথ্রা কাওবমি, ইরোইহনা শাম্নথি॥
মালংবনা হুম্বদা লাইজ ইপোম হৌহল্লি।
কোরৌ মঙাল লাকপগী লাইজ থক্তা তাররবা,
ইলং লংনা কাহল্লি। সনা মচু ওইহল্লি।
"পাম্মু মাগীদমক্তি খুমন কংলা কাবদা
কংলা চৈরে ওইহনগে। ইমোম পোকপা খোল্লগা
ইমোম য়ান-কী ওইগে। পাম্নি শাংপ খোল্লগা

পারি কোম্‌ ফী ওইগে। খম্নুং কুম্ব-থোক্লগা
খম্নুং শিগুম্‌-ফী ওইগে।" খম্ব-শাজে ফী অসি,
থোইবী মবুক নিংছদা ৱাথল তরেং তরানি,
লৈরাং মতম ওইবগী হৌনবদি পুক্লিংগী॥
চেসবনা শাবদা খ্বাইদৈ পাব-চে-গুম্না
শারে ফীসি থোইবীনা। মুম্না মদোম য়েংবদা
লৈরাং পুক্লিং পেঞ্জরে। হয়েং অসি কল্লগে,
মুম্না খল্লে; ফী অদো—ভিংত্নুনা থনম্বদা;
কবো চম্নু চংশিংনা ফীত্নু য়েংগে চংউরে।
থোইবী মাগী ভুং-দদা—চংনিং পুম্‌ঙক্‌ ঙকখরে,
চরৈ মতৌ উবদা লেপ্‌ই কোক-চাওবী কারে॥
কল্লক্‌পগী মৈথুনা কবো চম্নু মম্‌খরে।
"ফীদামবা য়ারবোই অভাইবদা অথিবা
ওইহল্লগ।" খন্দুনা থোইবী মাগী ফী অত্নু,
লোইগদবা অদোম্‌দা চপথংলম্মে চংনিংনা
মকৈদা ভুবং ভুপ্না, লোম্না হন্দোকপ্রে।
"ফীসি অম্বুক লোইরগে, মুমিৎ য়ুংবা মতমদা
কং-কে" খম্না থোইবীনা ইয়োং সংদা চংলকই।
চরৈ কক্‌থংলগদো ইবেম্মনা উরুরে।
লৈরাং তিন্‌-না চিক্‌পগুম থাদোই পুক্লিং ৱাখরে
বুদ্ধি ফবী লাইনিনা খংঙে তৌরমইবদো।
পাম্বোইবী লমরেন্‌বু ইবেম্মনা কৌরক্লে।
মুৱাই ৱাব-উত্নুনা খোয়ুম্‌ মত্তা অনিদো
থাদোই নাক্তা থুংখরে ফীত্নু শম্ব য়াওখরে।
সনা নংগন থক্তুদা ইলম্‌ইবা চরৈদো,
ইয়োং থক্তা য়ান্‌শিন্‌প্রে। চরৈ খাংচেং 'মতগা
ইয়োং লক্তা লেপখরে। ইয়োং কৈন্না মরিনা

খুম্ব্রি মপান ওইখরে, তিংইবদি ফীহুনা
পুম্ব্রি লাইজ শকখরে। ফীগী মখা অতুদা
হেম্বখিবা থাদোইগী হকচাং শরুক অতুনা—
লাইজ মুংদা লৈখিবা থম্বান মখোক ওইখরে।
হেংগৎলকপা শরুকা লাইজ থক্তী ওইহৌবে।
কোংগোন তৌনা মায়থোংদো চয়ৈ থক্তা হাইখরে।
অমুক শাংপা থম্বানগুম ইয়োং পুম্ব্রি চাওগোই-মুং
থাদোই লংহু শমমকই। কোচি ওইবী খুন্দোম্বী
কোথৎপগা চিম্বান্দা পাক্-শোকই শম্ জিঞ্জখি ।।
থাদোঈ মাগী মতৌসে চংনিং-লোম য়েংঙমঈ।
মীকুপ থবৈ মমুংদা ফীহু শম্ব লোইখরে ।
হুনা থোইনা ফজরে। চংনিং পুম্ ভক্ ভকখবে।
ফীহু লোইরে থোইবীনা। চংনিং মাদি মতমহু
শিংকাপ মফম অম'নি বাৎলি ফীহু লোইদোবা।
থোইবী মাগী লোইশরে মামা হান্ খিবা তারে,
খন্ খিবদৈ চেনখবে। ফী লোইনবা হোৎনখি।!
ইবেম্মদি ফীহুবু কৎলুমগে হায়হুনা
মুমিং মুংবা মতমদা কাপ্রে তুমু মপাইদা।।
থোইবী জর্-জর্ চংলকই—উতোং অমা পায়মকই।
থাদোই মচা উবদা—"ইপাই 'বেম্মা করিনো?
কৌবিরমই মচাবু। থাদোই মামা "পম্বোবু!
নমোম চয়ৈ কংচগে!—কদায় ফীদে ইবেমমা!
করিগীনো ইচামা ফনা লুনা তৌহুনা
উতোং অমা পায়বনা?—ইপাই 'বুংঙা চয়ৈদি
য়াওবি উতোং মমুংদা।" হায়রে উতোং লাম্পিরে।
ময়াম ইওক ওম্বরে। কবো কনা অমনা—
"থোইবী হায়বী মুপীসি লৌশিং চাওবী মুপীসি।

মাবু পোকপ মপানা, মপন্-মোইরাং নিংথৌনা
ঙমত্রে লাক্-ঙম ফাঙমত্রে—সিদা থারক্লবনি ।
চংনিংখোম্বী অসিবু, তপ্তা মথৈ মহাক্লা
কুব মথৈ কুমগা মাবু কুরে হায়রুনা
কয়া লাক্লখরবা । চাংহুম্ যেংগে হায়রুনা,
মহু কম্ব লিন-হুম ফা, উতোংসিদা হাপ্লগা
পিরম্বিবরা কৈনো!" সুম্না খল্লি কিনবে ॥
কীচুগী মঙান-হুনা উভোং মচুং অহুদা
লংম মঙান ফাওবনে । নিংবমক্লু য়াবনে ।
কবো শিংদো খঙ্গানৈ । হু-কাদনবগি
মন্ত্র লোইন শোমরে । হৈদোক্কনা থেংমরে ।
মুগা ওইব হৌনবা—সর্ লাওনা তাবকপদা,
থংই কবো ময়াম্-দো হান্ন থুক্ল লৈবগা ॥
তিংথোক্কুনা য়েংনরে । থাগৎনরে থোইবীবু ।
"কীসিদি ইপাগী ইত্তিক ওইদে ইবেমমা !
সরাং লাইদা কৎলুগে" হায়না ভুমু নিংথৌনা
সরাং লাইদা কৎখরে । কীচু থোনবদা লাইদো,
সনা ফুদোংবগুম্মে । চুম্বু থাদোই তাজরে
হয়াওজরে থোইবীম্বু । মুতু নিংথৌ মপানা—
"ইমোম্-'বেম্মা কী অসে মত্তিক চাবা ইনবদা
নপা ইভাও যুব্রাজ, নপন মোইরাং নিংথৌ 'মা ।
সিগী মতুং তাবদা ইমাক্ ইবুংঙো খম্বা !
নোংয়াই মা'মা মত্তিক চাই—ইপা ইনগে হায়ববু
ইত্তিক চাদে সং-ল্লোরো ।" হায়না চরৈ অহুবু
হনবিখরে থোইবীদা ॥ তাঙ্গা অসি মক্তদা
চংনিংখোম্বী চংঙকই । মাগী কীম্বু কৎলুরে ।
তিংথোকক্লনা য়েংনরে—খান্দুদা য়েংই, কীদো

ভুংদা লৈব পোৎশিংদো ফী অহুনা খল্লগা
অমুক হেন্না শেংন উই। নোকই ময়াম অহুনা॥
থাদোই মাগী ফীহুম্নি চংনিংখোম্বী উথিদে।
য়েপ-শিনখরে থোইবীনা। তুমু নিংথৌ মপানা
"ইচাই 'বেম্মা থোইবীদা চংনিং নংনা লানবনি।
নংগী নপাপ, কোরুবা, নবেম্মগী সেবা তৌ!
নংনা শাব ফী অদো—নবেম্মদা কৎচরো।
হযেং মোইরাং ম্নৌরগা যোনগে য়োম্হোকচসন্নু।
খোংদৈ ফীদ ওইবিয়ে নংগী লাইবক ফবনি।
শোইবা য়াদে।" হায়বিরে॥ চংনিং মাম্নু থংজরে
ইবেম্মগী গুল-অদো, ইবেম্মদা চংজরে।
থোইবী মানা খাম্বদা চংনিং খোম্বী য়াখিদে।
খোয়ুন লাংওন, চংখোনবী থোইবী' মখোং হামজখি।
চংনিংনা সেবা তৌখি মবেম্মনি থংখরে॥

---

১০

## খম্বনা কবোদা কোয়ব

য়াচংবা মতম মক্তা খুমল লাইর শংলোমদা.
নোংম, মচিন মৌপুরা মাংগোল্-লাংদা লৈরকই।
যুমগী মথা থংবদা থবাই-য়াকপী খোংলকই॥
মখোল অতু তাবদা খুমন মানা—"ইচেম-হল!
কৈনো মখোল অসিবো?—" হংজরকই মচেমদা।
মোংয়াই চম্নু মচেম্না—"থবাইবাকপী হায'তুনি।—
তুদি ইচে মাসিবু সুম' খোংতুনা লৈবদ্রা?—
তাইখো ইচেম তৌখিগে।" হায়বতুমা খয়ুমা,
উতোং অমা থিরুবে। খোংই' মপা অতুদা
হুঞ্জিনথরে উতোংদো। খোংলম্বতু তোকখবে॥
মোংয়াই মাদি থংজদে খম্ব মচেম য়েংতুনা—
"থবাইয়াকপী হায়বসি কম্বিনোমে ইচেম-হল?—
তাইবং মীগী থবাইনি; কনাই ওইরুগদনো।—
তুদি ইচে কনাইনো?—শিগদবা মীগীনি।—
হী: কম্বিবানো ইচে! করম হায়না তাসিবা?—
কনা' থং'নি অতুদে। শিগদবা মী সিদি,
মাগী থবাই অতুবু চৎথোকই হায় হায়না।
তুনা খোংবনি হায়নৈ।—তুদি ইচে কম্বিনো!
কনা শিদোম্বিবনো!—লাইগুরুনা হায়ব-লৈ,
মীগী ইংখোন মমুংদা তুম্না খোংলরবদি
ইংখোন তুগী ওইনৈ হায়।—তুদি 'খোইগী তারেদো।'
হায়রম্মগা খম্বদো য়াতু মথা তাখিদে॥

"ইহু নিংথৌ ইবুংঙো! ঐগী দারি মপান্দা,
য়ুমগী জুরি মক্তদা হেক-মক্ থোংলরবদি
লুই, ঐগী নংগী থোকই। ইংথোন্-সংবন্ মমুংদা
সুম্না ককা থোংবসে মাহুমক্তি থোক্ওঈদা
সিনা ওইব য়াবদি—গ্রাম্—সবন্ধ ওইব'শা,
য়াম্না লুনা তিন্নবা চান্নবি মরুপ-মপাং
সুগুম্বগী থোক্ই-হায়।" হায়দোকউরে খম্বনা॥
নোংয়াই ৱাসি তাবদা অমুক হেন্না ৱাথরে।
"ঐগী ইরেম্মা'হুবু সেম্বী মীবৈপুং-হুদা,
শিব-নার-রিগত্রা।" সুম্না মায়কৈ অসোমদা
থোইবী মাগীদমক্তা নোংথাই ৱাথন তৌথরে॥
ৱাকচিং উল্লেল্ যৈববা পামেন মনা পুংবদা,
বসন্তগী মাং থংবা মালংবনা য়ৈবগুম্
তোলেন্ মগ্রথোং লাংশিনখি। অমুক হন্না খম্বনা—
"মাসিগী থাংগৈ শেংবা থেংনখিবা থোকখিবা
লৈগ্রবরা ইচেম্-হন্?—ঙসি' সিগা চপ্চাবা
মকপ মপাং কাদদি ইচেম থেংনখিদরি।
পলেন পঙ্গো হাক্তক্তা, ফক্লাং-শিংথোং মক্তদা
থোংখি, নতম অহুদা পলেম পঙ্গো লৈখিদে।
নং ঐগী মক্তি থোক্-ওই।—ইচেগী থোক্তবদি
ঐগী ওইরবস্তু কৈ।—করি থানো ইবুংঙো!
তোলেন তোম্বা হায়হৈদে। থোয়ুম পথাপ্ তুং-ইন্না
ফোন্গদ'নি নহাক্না 'চেম্গী সেবা পুন্নমক।"
মচেম্' ৱাসি তাবদা মচিন থোরক্লে খম্বনা,
ঙাংনরকই অনিদো। পুকচেন তিংবা খম্বদো
ইশেং শেংনা হায়খরে।—"ইচে থোইবী অতু-হুম্
কবো মীরৈপাকতুদা না-য়েক্লরিগদরা?—

১০

# থম্বনা কবোদা কোয়ব

য়াচংবা মতম মক্তা খুমল লাইর শংলোমদা,
নোংম, মচিন মৌপুরা মাংগোল্-লাংদা লৈরকই।
য়ুমগী মথা থংবদা থরাই-বাকপী খোংলকই॥
মখোল অদু তাবদা খুমন মানা—"ইচেম-হম!
কৈনো মখোল অসিবো?—" হংজরকই মচেমদা।
খোংয়াই চম্মু মচেম্না—"থরাইবাকপী হায়'হুনি।—
তুদি ইচে মাসিবু সুম' খোংতুনা লৈবত্রা?—
তাইখো ইচেম তৌখিগে।" হায়বতুনা খয়ুনা,
উতোং অমা খিরুবে। খোংই' মপা অতুদা
হুঞ্জিনখরে উতোংদো। খোংলম্বতু তোকখবে॥
খোংয়াই মাদি খংজদে থম্ব মচেম য়েংতুনা—
"থরাইবাকপী হায়বসি কয়িনোমে ইচেম-হল?—
তাইবং মীগী থরাইনি;_কনাই ওইরুগদনো।—
তুদি ইচে কনাইনো?—শিগদবা মীগীনি।—
ছীঃ কয়িরানো ইচে! করম হায়না তাসিবা?—
কনা' থং'নি অতুদে। শিগদবা মী সিদি,
মাগী থরাই অতুবু চৎখোকই হায় হায়না।
তুনা খোংবনি হায়নৈ।—তুদি ইচে কয়িনো!
কনা শিদৌরিবনো!—লাইগুরুনা হায়ব-লৈ,
মীগী ইংখোন মহুংদা সুম্মা খোংলরবদি
ইংখোন তুগী ওইনৈ হায়।—তুদি 'খোইগী তারেদো।
হায়মম্মগা খম্বদো রাহু মথা তাখিদে॥
খুমন মপুক্লিংতুদা চিংনবসি উবদা—

"ইহূ নিংথৌ ইবুংঙো ! ঐগী দারি মপান্দা,
য়ুমগী জুরি মক্তদা হেক-মক্ থোংলরবদি
লুই, ঐগী নংগী থোকই। ইংখোল্-সংবল্ মমুংদা
সুম্না ককা থোংবসে মাহুমক্তি থোক্ওঈদা
সিনা ওইবা য়াবদি—গ্রাম্—সবক্ক ওইব'মা,
য়াম্না লুপ্না তিমবা চাম্নব-মরুপ-মপাং
সুগুম্বগী থোক্ই-হায়।" হায়দোকউরে খম্বনা ॥
নোংয়াই বাসি তাবদা অমুক হেন্ন বাখরে ।
"ঐগী ইবেম্মা'হুবু সেম্বী মীরৈপুং-হুদা,
শির-নার-রিগত্রা।" সুম্না মায়কৈ অসোনদা
থোইবী মাগীদমক্তা নোংয়াই বাখন তৌখরে ॥
রাকচিং উল্লেল্ য়ৈরবা পামেন মনা পুংবদা,
বসন্তগী মাংথংবা মালংবনা য়ৈবগুম্
তোলেন্ মান্নথোং লাংশিনখি। অমুক হন্না খম্বনা—
"মাসিগী থাংগৈ শেংবা থেংনখিবা থোকখিবা
লৈশ্রবরা ইচেম্-হন্ ?—ঙসি' সিগা চপ্চাবা
মরুপ মপাং কাদদি ইচেম্ন থেংনখিদরি।
পলেন পস্থৌ হাক্তক্রা, ফক্লাং-শিংথোং মক্তদা
থোংখি; মতম অহুদা পলেম পস্থৌ লৈখিদে।
নং ঐগী মক্তি থোক্-ওই।— ইচেগী থোক্ত্রবদি
ঐগী ওইরবস্থু কৈ।—করি বানো ইবুংঙো !
তোলেন তোম্বা হায়হৈদে। থোয়ুম পথাপ্ তুং-ইন্ন
কোন্গদ'নি নহাক্না 'চেম্গী সেবা পুন্নমক।"
মচেম্' বাসি তাবদা মচিন থোরক্লে খম্বনা,
ঙাংনরকই অনিদো। পুকচেন তিংবা খম্বদো
ইশেং শেংনা হায়খরে।—"ইচে থোইবী অহু-হুম্,
কবো মীরৈপাকতুদা না-য়েক্লম্নিগদরা ?—

চুমইনহো ইবুংঙো,—না-য়েক্পমক্তি তৌরোই !
স্বম্না খল্লি ইচেম্না। করিননো হায়ববু,—
ইবেম্মা নারবদি শুদম চাংদম লাক্কনি,
মঙ্দহাদ-উগনি। অমরোমদা থোইবীদি,
মত্তে অতোপ্প অমা, ঐগী ইমুং মমুংনি।
ইচন করি তৌরম্মোই।" হায়বিরকই মচেম্না।
খম্বা পুক্নিং খিৎ-মুংঙাই। স্বম্না বাসি তানয়ে ॥
মচিন মৌপুরা অম্নি চাব থক্পা লোইখরে,
কৌব-ইন্নুং-য়াহিপ্লে খোম্লেনতুম্থুন্ তান্নকই।
নোংয়াই তুম্ব য়াখিদ্রে ইবেম্মগী খনবদা।
নোংঙাল্লম্দায় মতমদা খম্ব-খংউই উইথরুই।
ইবেম্মা ফোং ফাওরক্লে—নোংয়াই মমঙ্ অহুদা।
লময়াইদা চপ্ লেপ্তুম।—"লোয়ুম্বু লৈতরা ?"
হায়না কৌই থাদোইনা। খম্বা মঙদা—"ইবেম্মা !
ঐ লৈ কৈনো, কবোদৈ কদৌঙৈ লাকপগেনে ?—
ঐ হৌজিক্তা থুংঙরি—কোম্নুং য়ৌরুরবরা ?—
করিগী য়ৌজরুনি, ইয়ুম-দদি লাক্তনা !
লোম্ন লাকচরিষনি পুন্নাক লাকপ মত্তে।
ঐদি য়াম্না বাথরে, খুমন মশক উদবা,
তরা লুখ্রাক চাদবা কোরৌ কম্না ওইরবা !
মনাও ইবুক থন্দরে লুথাক খিক্ত চাজগে,
থংলেন চেঙ্গরকপনি। তরা লেম্মমদরবো ?—
লৈত্রে' বেম্মা কম্দৌন্নি।—চক্নুদা য়েংবিরুবা !—
য়েংগে ইবেম্মা ঙাইখো।" নোংয়াই চংপ্রে য়েংউরে
"লৈরে,—ইম্সাংমু-লৈরে।—য়াম্না করে ইবুংঙো !
লাইন থাকপিরম্বনি। থংলেন হান্না হাবিম্নো,
লুথাক অহুবু খিত্তা ননাও চাজখিগেকো।"

হায়রে খম্বা হান্ন-চাই। চাকত্ তোক্লে ; খম্বনা
খুমন মাগী কাংথোন্দা থোং য়াম্বদুনা কন্দই।
থোইবী' সেবা তৌজরে। ভরা লেম্বা চাজরে ।
ঙাহাক মীকুপ লৈরগা—"ইবুংঙো ঐ চৎলগে,
কবো তুম্মু নিংথৌনা থিরম্মনি ননাওবু।—
ফরে ইবেম্মা লেঙেঙা। নপা ইবুংঙো মক্না
কৌখৎপিরো য়াত্র'ম্মু ইবাইগা তানরগা,
কৌখৎকেকো নহাকপু। মোইরাং লৈব য়াদরো,
মুরা নংবু পুন্থনা ঐগী খুমল লম্দম্দা
লৈজরুদ্দি ; ব্বাক্নম্মু থিদোক্লগে"--হায়দুনা,
থাদোই মাংদা থাদুনা হোজং লোমদা থোরক্লে,
নোংয়াই মঙলান্-জান-দুনা। লেংঙো' বেম্মা হায়দুনা
হন্ন হন্ন য়েংদুনা মজাই 'বেম্মা থোইবীনা
চৎল্লে কবো পাংদুনা। থোইবী মাবু চিংন-য়েং,
খুমন হোজং লমদম্দা খম্ব মানা লৈহৌরে॥
চিংন-চিংন য়েংহৌই মিংত পিবু ভাহৌই ।
মতম অদু মক্তদা খম্ব মঙ্কাও নখরে।
খম্ব-কুক্-হেক্ হৌগৎলি, থমোই অদো লাংথরে।
মফম ময়াই অদুদা ফম্ন ফম্ন খল্লকই--
"ইচেম্-হন্দা তাকসিন্না ! নাওদুম' চাওননবনি,
ইবাই তান্ন চৎলগে। মুংঙাইতরে খবাইসি।
নহা ওইরবমকপু তরেৎ সেল্লুংহন্‌বনি
খংলমগদ্দি ইবাইদি। খংলমদবা থোক্ল'ম্মু
অহৈ অশিং অত্তৈদা ইশেল ইবাই তানগে।"
খুমন মবুক লেপখরে। লৈরাং শিংগী শক্পুদি
শিঙেন মাগী মনম্মা হেন্ন পুক্লিং ছুবঙুন ;—
মুংশিবগী মকাদা মুরাই মপাও থোন-দুনা

থোইনা হেন্ন নুমথরে। লৈব-য়াদে খম্বদো।
অবুকতু উরুকপদা মবাইগী তান লাকএ।
লাইনা সুমজিনবা দোনা থমুম্ম তুমথকুরে।
মচেমম্ম খংহৌত্রে খম্বনম্ম তাক-অমত্রে ॥
নিংথৌগী চাইথবদা নংননবা হায়রুনা,
ঙম্ভা কাববপুহুদা মসেন অঙাং খম্বগা
ফৈরোইজাম্বা থেংনরে, খুন্দিনবীদা অনিদো।
ফৈরোইজাম্ব মবাইনা—"সিবু ইবুংঙো নত্রা?—
মানি ইবাই।—কৈদনো?—ইবাইগীদা লাকপনি,
কদোমদনো ঙম্ভানা লেংথোবকইবসিনা?—
সনা থৌগন নংনবা ইবাই থর থুরক্লে॥'
মবাই বাসি তাবদ: নোংয়াই পুক্লিং কাইথরে।
মসেন' শক-তু উবদা—"কৈদৌরবা নংবো?
কনা'করি হায়বগে, নচেমগা খংনবরা?—
মাহ্র নত্তে ইবাইবু।—করিনো? মঙ, বানি।—
কররা? নচন 'বেম্মা এ'দৈ চৎখ্রি হৌজিক্তা।—
মঙ-দনিকো?—ইবাইবু।—মঙগী বাবু নংসিনা!
<u>সমুদ্র খোংন-লান্বা মঙগুম্বগী বাহুবু</u>
ইলু-লুনা থজিলে, মঙগুম্বা হায়বত্রদি।
তুমিন্নহুম, লৈথোকও ইশেন-সিদি করিনো!—
ইবাই! নুংঙাইতবেদা,-'মুক্তা লীজগে?—
এঃ করে হুদি লীরো।" হায়রহুনা মবাইনা,
মঙসি সুপুক লীরকই। মমৈহুদা খম্বনা—
'ইবাই 'বুংঙো নুংঙাইত্রে, খম্বা এগী ইবুঙ্গি।
হেক্-মঙ-ফাওনবগা এ লাকচরিবা অসিনি।
ফীঙো ঙাক্তা শেৎপগুম, ফীরু থুম্ব ওইন-উই।"
হায়রে লীরে মঙ-অসি॥ ফৈরোইজাম্ব হায়বসি,

খম্ব-মাবু চহি-হু অহম ফান-হল্লদে।
মঙ্ অহুবু তাবদা থোংবী লৈ-দ তক্কুনা
রাখন ক্তৌই মবাইনা—মঙ্ অহুগী অরথ
খংউবগীসু নত্তে। বারে কৈরোইজাম্বদো !!
থুমন্ মানা—"ইবাইবু! ঐ ইবাইবুনা থোইন
বান-উগ্রে কম্মো? ইবুংঙো! চুমই, মঙ্-সি,
ইবাই' সুম খল্লুবদা ঐদি হায়জনিংদরে।
করি বাখো ইবাইবু! হায়দ' য়াদে তাকপিয়ু।—
করি কাম্নগদগে মজাই 'বেম্মা লৈত্তরে।—
অওইবরনে ইবাই?—ইবুংঙো শিরে শোইদ্রে!—
হী: পাম্মুইদা ইবেম্মা?" হায়রম্লগা খম্বদো,
মঙান ফবা মুমিৎপু রাহু মমা উম্বগুম
পুম্ম ওইনা মুশিনগ্রে। কৈরোইজাম্বনা—"বুংঙো
ফীঙৌ শেৎলি হায়বদায়„?—মানি ইবাই।" হায়হুনা
খম্ব মনিৎ অনিদো মপি এরো-রো তানা,
থুমই মবাই য়েংহুনা ॥ লেপ্প ঙনদে খম্বদো।
মখোংদগী কোক্-ফাওবা কুংলাওনা কাখিবনা,
থুন্দিনবীগী লম্দম্দা থাদোই মাগী মৈ-হুনা
ইকং শিংবু চাকপগুম খম্ব মাবু চাকখরে।
পামেল মউ অচৌবা মপান মরা ফক্কুনা
"হাই-হাই!" হাম্বরমহুনা তুম্—লৈমায়থক্তা তাখরে॥
থুমন মাগী পুক্লিংদো মবাই তুনা য়েংহৌই।
মসেন মতৌ উবদা কৈরোইজাম্বা সুংঙাইতে।
তুখরবা খম্ববু চিংখৎপিয়ে মবাইনা।—
"ইবুংঙো করি কপই! কপ্ উগনু! হৌনৈদো।
শিরবদি শোইদনা পাও মরাইনা লাকচনি।—
করম্বা কান্দা তানি পাওসিমক্কে ইবাইবু?—

মুমিং সাইজুম তাকম্-কা,—তাব-য়াইনা 'তুম্বাইদা।—
কবো সিবু ইবাইবু হাক্ল-মক্তি থাপ্তুর ?—
কয়ি বানো ! ঐখোইন চৎতবগী তৌবনি ।
ঐখোইগী মমান্-খোইদি চহি নিফু য়াংখৈ মুক,
ম্মুরক্পা তাঙ্গা 'তুম্বাই কল্লিভৈ মঙমলদি,
কবো লোইপোং থৌবদা নোংমদা অনি 'মুম্নক
হংগৎ-হন্দ চৎলি-হায় ।-ইবাইবু বা অমতা
হায়জগেবা ?—কয়িনে। ? চৎনিঙোইদকো ইবাই ?—
কদায়-কবোদরনে ?—চৎনিংঙোইদকো, মানি।—
নংন হায়দ' তৌবনি, ইবাই 'সাইন চৎনিঙে ।
সনা থৌগল্-লোমগীদি ?—মীলৈহৌই শোইরোইদা।—
লেংঙসি ইবাই 'তুদি ।—ঙাইখো ঐখোই'নিগীসে,
বিধি খংবা অচৌব অমতদি তাক্-অম্সি ।—
হী: কনাদা ।-ননান্দা।—ফবেতুদি ইবাইবু ।-
মমান্দি নংগা থেংনৌ ।" হায়নতুনা-অনিদো
লাকএ কোম্হোং য়ৌরক্লে। "ইবাই অন্থুম লৈরমগে,
ঐ' ইন্সিনবনি হায়নি"—ফৈরোইজাম্বা লৈহৌরে ।
চাওবৈ খবাই থোংজিন্দৈ নোংম্মাই মদোম চংলক্লে।
চাওব মাঙ্গোল-লাং-তুদা লৈরম্মি ঙক্তা, হৌই ।
চাঙ্গবা খম্ববু উজবদা ময়ামদো
হয়াও হয়াও তৌরমই। নোংথোনবনা-"কবিনো
শাজৌ ঙক্তা লাকপদে ?—" হংই। খম্বা-"ইমানবু"
হায়না খুমথরবদা—বাদি মখা তাত্রিভৈ,
খুমন মাগী ফীজোন-তু উরুবদৈ নোংথোনবা
বাথন অমা পোক্লকই। 'ঙম্বা পিসুম মুক্-তক্লা
"শাজৌ!-ইমনন ইবুংঙো।-নংবু মীনা ঙাংনবা,
চুম্ব তাবে, নং অসে য়াম্না ওক্লে হায়রম্রে।

তৌমু তৌবু; মপাগা ঐগা অনি চংহনা,
খংউ য়েংগদবনি। নং হৌজিক কদায়-চংলুই ?
উশিৎতবাইবু মাসে। নোংথোম্ব চৈ পুরকউ।"—
হম্মা য়াক্ল ঙাংঙকই। খুমন লৈদ-পক্লুনা—
"ইমান 'বুংঙো নবাই ঐ তৌজদে। সোম্দা চুম্বা
ইমান্ খুরম্গে হায়না লাকচরিবা 'চুম্বনি।
করিনো হুদি হায়্।"হায়রকপদা খম্বদো
খুম্কম্ লৈত্রে। নোংয়াইনা বাহু থৈরে—
"ইমান ইবুংঙো ঐহাক, ইংখোন য়াম্না কোইজরে।
ঐগীদা থানবা পোৎ, মরু মরাং খবদং
হংজসিরা হায়হনা লাক্চবনি।" হায়রকই।
খম্বগী সুংঙাইতবা মায়থোং খুপ্প য়াথিদে ॥
"নত্তে খম্বা করিনো।? থুপকম্ব শেংন-হায়্।
নংগী ঙসি বা অসি ওইগী লমদাং বারমনি।"
অসি ফাওনা হায়রকই। লৌশিং চাওবা নোংথোম্বা,
তিল-বা লাইবা হৈরবা, নিংথৌ মারোন যাম্লবা
মীগী খোংথাং পুক্লিংবু হোদ্রোং লোইন উবনি।
সিগী মবা তাবদা "ওইগী লমদাং" হায়খিবা
বাহৈসিদা খম্বদো—স্বাই লাওই কোকচাওবী কায়।
থোইবী শিরে হাযবসে—খুমন পুক্লিং লেপথরে।
হাযদোরক্লে খম্বদো—"চুমই ইমান ইবুংঙো!—
কনানো নংন পাম্বা ?—মাঙ নত্তে ইমান্-বু!"
হাযরহনা খম্বনা মজাইবেম্মা থোইবীগী
বাহু লোইনা তমজরে। নোংথোম্বনা—"নবাইদে ?
খোংগান সিদা লৈহৌরি।—নংদি নহান মথৈবু
চৎপোই নিংই অতুগা চৎতবোরেকো শাজো!—
ইমান 'বুংঙো চৎচদে।—থিল্লে নবাই কৌশিল্ল।

নোংখোম্বী তায়বরা – চাক খিল্লে ; খোংত্রিবরা,
ফনি সগোন্‌না সিংই ।” স্থম্না খোৱাং তৌখয়ে।
“সগোন’ চৎপ হায়বসি সজিক হুংজিক হায়রনে।
থুদোং চারোই ইবাইবু খোংনহুম্‌ ফগদরা,
সুম্ব খল্লি নসেন্দি :—চুমই, বুংঙো ইবাইস্থ
মাহুনহুম পাম্‌ইদা।” হায়নহুনা অম্নিদো
খম্বা-কৈরোইজাম্বগা কবো রোনদা খোংশান্‌-গ্রে ॥
থুদোং খিবা লম্বী ’মা, লমশাং ওইবা লম্‌ অমা,
সুম্বা লম্বী মতাদা সগোন্‌দগী খোংন-ফৈ।
কনাগুম্বা অমনা সগোন’ চৎপস্থ য়াওই।
পাংগন কনবা অনিনি খম্ব কৈরোইজাম্বদি,
লাংগোই তোংবা কনানা তানবা লাকপা ঙম্মদে।
মালং মাংবু থাহনা অনিহুনা লাকপহু
খেব-পুংহু থনম্মে, ইথাই লম্‌দম পায়খরে ॥
কৈরোইজাম্বা খম্বদি যসন্তগী খোইমুনি।
অনিহুগী খৱাইদি লৈরাং শাৎপ লম্‌দম্‌দা
পায়গ্রে হান্না য়োখরে। কেগে লৈপাক লোনদদি
খৱাই য়াওদ’ হকচাংগুম ইপং পংবা লৈকরে।
লৈরাং গুননা হেনাখবা মাগ্নাদমক খনবদা
চাওবা নোংখোন্‌-ফাওবনি। সোনদা চংলু হায়বসি
তাকপিরক্কে, অনিদা অনিমস্থ হংলক্কে।
কবো লম্বী থংলক্কে। “ইবাই লম্বা থংবরা ?”
হংই মসেন্‌ খম্বনা। “করি বানো ইবুংঙো !
মংহুম থংব্রা হায়রগা ?—ঐদি কদায় থং’দগে ?
মীন ভাংন শানবা তুক্‌-তাব মখৈ মঙাই।
অহুদি করম দৌনি ?—থংদ-হৌনদে ইবাই—!
চংলি লাকপিয়”—হায়রা শাজোনা মাং থারক্লে।

খাংঙু কিহোম্ খাক্মদা তারে অনিচু থৈরে—
কাব্রং চাক্ হৌদে, নত্তে'—হায়না নোংপোক পাংচুনা
হন্দোক্তুনা লাকপনা হুমিৎ য়ুংব মত্তমদা
মোম্নুম য়ৌরে।—"মাসিরা ইবাই ?—নত্তে,
কাব্রং চাক হৌব্রবদি কবো নত্তে।" হায়নরে॥
মপাম মোইরাং লম্দম্দা—খুমন চমু লাইরবী
নোংয়াই চমু পোঞ্জেম্বী মচু নিংথৌ থিথরে।
নোংথোনবগী য়ৌবদা মৌপ্বায় খোংলন্ খংথরে॥
খয়্ু মদোম হয়াওজে,—কোয়ৌ খাংনা পামেন্-থক্
তাংন শাৎপী লৈবাংগী শিঙেন্ গুন্না খাংবনা
মুংশিবনা মচনবু-খোযুম লাইনিং চেৎথরে।
মসেন মবাই লাকপদি—খাইখোং লম্নুংশি য়ৌবে।
লন্দা হুগা যেংবদা কনো ওইরবোই নিংউই।
মীওইবৈ হৌনবা পাথংনা পাখং উশ্রিংতে,
নুরা মসেন থানদে—ওম্থোক্নু নিংখিজে—
খোযুম মানা শেম্বদা পাবোৎ শনগী পাংথক্নি
তাম হিগী মওংনি—খাইখোং লমদম অতুগী
কোম্থোং খুদিং মীওাক্তা যেংনবকই অনিদো।
পাখং মমান্নবনা—খুরম হৌদে হায়বদা
খাকই নিংথিজখবে। হম্নু হনা পুম্বনা
মচা ওইনা পাম্-হৌই নুরা ওইবী শিংচুগী
মিংকী কুমৈ ওইহৌই। "কবি লম্দম্দগীনো ?
কদায় তাম লেংইবা ?—মোইরাং লমদমদগীনি।
কবো চৎকে লাকপনি লম্বী সিবু কদায় ?—
সোমদ অম্নুম লেংবিয়ু।" অম্নুম দৌনা হংনবে।
চিংগী লম্বী কারকই—খোইবী খুবন থেংনরে।
খোইবী মাগী খুবম্নি হায়বা থংলে অনিদো।

ঙাহাক মুংঙাই অমুকন্থু থরাই যানা যারি শাই।
মুমিৎ মুমাং ময়াইগী তাঞ্জা অহু যাইদদি
খাম্‌পোকপী য়োরক্লে। তুদগী হংলকপদা
শোম্‌দা চৎলু তাকলকই কবোনি হায়না খল্লুই।
মুংউ লাই-মনাই য়োবে। তুদা মুমিৎ তাদোরে॥
তুদা অমুক হংউরে। লম্বী তাকত্রে খাম্বীরে,
চাক চাখরো হায়না। মতম অহু হৌখরে॥
"কবোদি সিদৈ খুন্‌সি য়োনবা চৎলু" হায়রে।
য়োরে হায়না নিংজকই। লম্‌শিং য়েন-লাকপনা
খৈরোই চিংজেং য়োবদা মুমিৎ তাগ্রে। মবাইনা—
"কম্নো 'বুংঙো লেপ্লিরা মুমিৎ অসি তাগ্রেনা?—
ইবাই য়োনবা চৎসি।—কবে।" হায়নৈ চৎলকই।
অনিহুগী মশাদা পোক্তে অকিব 'মতা।
পাংগল-নগা কনখনে। ময়াই কাব-অকনবা,
মুংশিং 'মনা য়েবগা—শা কৈ লাইন থৈদোক্লে।
খেউ পোকপী য়োবদা সম্বা নারন্‌ হঞ্জিনগ্রে
চেংবোন্‌ খুবম্‌ য়োবদা মুমদাং চাক চামরবা
অঙনবনা, মুম্না থোকই। তুদৈ চিংখৈ পাংলকই।
চোম্লাং পোকপী য়োবদা অথেংবৈ চাক্‌ তোক্লরে।
যাংহিদেল-লাললু্না ককচিং খুল্লেন চংলক্লে।
মী ওরদ্রে তুম্নগ্রে। চংল-হংসি কদায়নো,
হোল্লেন কবো ওইরম্মো, অকায়বহুম লাক্লদ্রা
সিগী খম্বরুবদা মসেন মবাইনা হংদ্রে।
কবোরা খল্লে কোমুং থিসি হায়না থিরক্লে।
ককচিং খুঞ্জাও খুলক্তা মোংয়াই মতুং লৈথগ্রে॥
থিবা খংদ্রে খম্নবে।—"ইবাই তাওরবে 'বুংঙো।
মসিদি কবো নত্তে,—ককচিং মোরে য়োং-মুংবৈ

মকাই-কয়ী ককচিংনি।" হায়রে কৈরোইজাখনা॥
মুম মচা মচা শারি। খংঙক্লবা তুন্দদি
থেংনরে য়োংস্থ কৈস্থ।"চংসি সোরোক অসিনা
হেক খেংউবা মকমদো কবো পুংনি থারস্থ।"
হায়না সোরোক ইন্দুনা ককচিং পঙ্গাও কোইরক্লে।
ইকুম তুরেল লাক্লক্লে। লৈভাং লমদোং ভাখবে।
অবাং খুঙ্গাই-বো য়োরে। বাইনুতা লম্‌দম্ পায়রে।
কবো খুমুদা য়োরে। কাঞং চাক পান্বী হোরে।
মকম অসি যৌবদা কাইবৈ য়েখোং তাবক্লে।
"এন-খোংঙেনা—? ইবাই-খোংএ।" হায়নরে
চিংদ লেপ্তুনা য়েংই—কবো খুন্-দো নেম্-নেম্না
লৈব মুংশিব মতা নোংচুপ পাংনা উবকই।
"ইবুংঙো অসি ওইনি—য়েংউ অসে উরং-চাক
নামিবস্থ হৌবেদো।—ইবাই করমদৌসিগে,
নোংদি ভান্‌খিগদৌরে। হৌদোক্তুনা হংসিস্থ
কদাযদো, ইমান্না কবো খংব য়াদে হায়।
চিংথৈনি ভাল্লিবসে। ভানগদৌরে ইবুংঙো!
কোন্নুং আদা লৈরে-হু। আ-দৈ সং অহনবসে
ইরেঅঙ্গী ওইব তায়। করম্ ভৌসি হায়বগে?—
ইবাইনা স্নুম্ কগন্নি হায়বা অতু তাকপিরো।
ঐবু কম্‌দৌ হায়বগে?—হুদি নব্বা ক্ষোংদোক-ও!
মোইরাং নিংঙোন কাহুদা থাদোইই হিপথরবদা,
করি হায়না ইশেন্না হৌদোকপগে মমাংঙৈ?
মকপ মপাং থাজিনব্রা হায়নিংবা করম হায়বা?
করম হায়না কৌবগে?—ইশৈ শকই ইবাইবু,
বাশী অমগা লৈজে। শিরে হায়বা অতুগী,
খোংচং মতা 'মনিনা বাশীহুস্থ পুরক্তে।

ঐগী খোন্দি থংগনি।—হুদি ইশৈহু শকও!"
হায়রে কৈবোইজাম্বনা। খোয়ুম লীলা ওইরবোই—
অহিং স্নুব লম্নাইনি থৌরম অসি পুহুনা,
চংনিং থোইবী অনিদো তুমদ-মতম থোকউরে।
ইমুংশোইবা অহুমা মরুপ মপাং কযাগী
বারি বাতাই শাহুনা মপু মনাই লৈরমই॥—
"নখোং য়োংহিং থাংলবদি পোম্বী অক্লা থক্তুগী
চেক্লা নংগী কাদগী পা'খোয়কউ হা চেক্লা।"
থুমন মামা শক্লকপা হান্নি মানবা খোঙ্গেন্দো।
ইমুং ইচিক ভানবদা পিক্ল বাংন থাপ্লপ-তায়।
মুরা অনি তায়কই—থংলেপ লেপই হৌমদে,
চপ্‌-মান্নৈ লেপ্ল। যেংনরে। চংনিংনা হান্ন হৌই।
"ইতাই 'বেম্মা কনানো! করি মনুংশিনোনে,
মুং নৌন শকথরেদা! মুংশিত্রেদা ইতাবোই!—
নত্তে কবোগী খোন্দি?—কনাগী মাল্লি ইতা?—
অথাপ্লগী খোক্ষমনি। কবো চমু ইতাবোই!
খোম্ফম অসি তাবদা—পায়ম তিংথং য়ুবগুম
ইতা বারে ঐহাক্তি। ইপাম-লমদম খোম্ফম্নি।—
পাথং কনায় খোম্ঙ্খোক্লো?—ইবুংঙোগী খোন-মাল্লি।—
শোয়রোইদরা ইবেম্মা?—খোইনৌ 'তারোই শোইররোই।—
হুদি খোকসি!" হায়হুনা চংনিং খোম্বী হৌগংলি।
খোং হাংগে ভোক্লবদা থাদোই মানা থামথরে।
খোইনৌ ওইবী ভাইবিখ্রো—হোরেন খোংহু হাংবদা,
ইপাই মীশেং থ'ংবদা খোংখোম অহু ভাগনি।
অমুক্তগা তাখিসি।" স্নুম্না সোমদা ভাইথরে।
অমরোমদা মবাইনা—"মুক্তা হনখো ইশৈশে!—
কনি ইবাই।" হায়হুনা থুমন ইশৈ হল্লকই।—

"ঐগী মোইরাং লমদমদা খম্বান নাইত্তোম শাংপনি।
বিধি মাগী থোংদম্না শেম্বী মীবৈ পুংসিদা
লৈরাং নংবু তাখিবী! শিঙেন নাসোন ফংখিগ্রে।
মোইরাংদা পাইবা থোইনা—লৈরাং থোংগুল-লীরকই!
শিঙেন মরাক চামত্ত্রবা? অমন থরৈ কুম্মত্রা!
থোইবু মকম খংদরে! শেম্বী চিংজিন অসিদা।
পায়ম নিংজিং মাংজিংনা—লৈবে নপাও তাহল্লু।"
ইশৈ অসি শকপসি নুরা অনি তাখরে।
থোংগালমদায় মালংবা মমায় মথা পাংবনে,
জাং-হুন্দনা চিংখিবা, মোইরাং লোম্ন ওইবনে।
কবো মথৈ অমত্তা মরোল লৌবা ঙম্নদে!
ইশৈ শকই হায়বত্তা তানৈ খংনৈ সুংশিনৈ।
চংনিং মাস্থ লৌঙমদে। থাদোই মদোমদা লৌই।
থাদোই চংনিং য়েংহুনা—"শোইদ্রে ইত্তা নবুংনি!—
'হুদি ইত্তা থোক্লসি"—হায়না চংনিং খোম্বীনা
থোংহু পাক্ হেক্ পায়বদা—চংনিং মথুং ফাহুনা
মজাই 'বেম্মা খামথরে,—'থোংগারেন অপান্ব-নং
থোইবী হায়বি ঐহাক্লা, অপাম্-কাদ-য়োদোনা
লৈরবদি থোং-অসে মখোন হৌহনবিগনু।
পাম্মু চিংগোয় মেজগে" হায়না থোংহু হাংবদা
হৌদ্রে মখোল অমত্তা। নুবা অনি থোরক্লে।
উখোক্তেন অম-মমদা লেপই অনি ঙাহুনা।
নৌন মিব খোঞ্জেন্না নুরা অনি "ইত্তারোই!
শক-তি উদে করম্লো! চংব য়াদরবরা,
চংফম খংদরবরা।" খম্বরকই হায়নজে।
সোমদা কৈয়োইজাম্বনা—"ইবাই সিদ লৈরম্নগে,
লাঙঙজে অনি তুম্মো! তুম্ব নিপাই সোন-না

কল্লপ কল্লপ থোক্ববনি। নুরা শিংগী সোর-না
সি-সি লাওনা হোনববনি।" সোর থোক্কম মথন-সি
কৈরোইজাম্বনা তাক্লে। কৈরোইজাম্বা লৈহৌরে।
খুমন মদোম চংখরে। ওল্লোকপনি খম্বদো—
কবো লমদম্ ভাব-দৈ কোইয়েং কোইয়েং য়েঙঙকই।
লম্বী লমথাং কোপ্লোংফাও—মোইরাংগী মতগী বাদো
ইকাও কাওবা ভমখিদে। নুরা শিংগী যুমহুল্লা
নোংচুপ ওল্লি মমায়হ্নু। নিল্লুং থাম্বন অদুদা
খুমন মাগী মমিদো নোংচুপ পাংনা তারকই।
যুমগী নাকন হুদগী থম্ব চংসিল্লকপল্লা
সুমাং মচি অদুদা থম্বৈ মমি উদৌরে॥
অদু য়েৌবফাওবদা বানখরে অমিদো।
অশি অচং অমিবু বাপ্রাম 'মনা থনবগুম্॥
"চংকম লাক্কম খংদবৈ লমদম কৈদা পল্লুনা
লৈরমগবা অদুগা ইন্নুং অথেংবসিদা
নুরা ওইবী ঐথোইনা কল্লমনসু খিগবা
কৌসি কদায় কৌতমদে কবোশিংন তাখিল্লি।
কদায়দনো।" হায়রগী নুরা অনি বারকই।
খুমন মানা—"কম-দৌনি। থোল্লেন ভুমখুল্লমহনা
তান্নমাল্লে থোইবীদো। চুল্লখিত্রা যুমসিবো!
কনা কনা লৈরিবা। কম্বা কাদ হিপইবা!
নুরা মানা ভুমখিবম কনা 'মনা ভুল্লমদা!
তারক থোংলক থোক্লগা—বাগী মফোন থোক্লত্রা!"
বাপ্রে খল্লুবদগী। খম্ব'সুম খম্ব খম্ব
থোংথাং ইলেপ-লেপ্তনা জর জর চংলকপা,
পাথং মাগী মমিনা লিংশিল্লক্লে সুমাংগী
মচি য়োমদা তারকই। কোইরু কোইরু 'য়েংবাগী

মুরা অনি উথরে—হরাওব-ওই খংবোইনা
খাই লাওই নুরাশিং । তুমিল তুমিল লৈনরে ।
মুরা অনি লেপ্‌লুইবা উরে খুমন্‌ মানম ॥
মীওং লাক্‌পা নংহৌদে নিংচিৎ নিংচি হন্দোকখ্রে ।
"মী লৈরেনা নিপারা, কনা ওইরিগদগে !
ইবাই তানরুখিগে।" খন্‌ব্রে খম্বা । চংনিংনা—
"মোইরাং চম্বু ইতারোই ! ননাই-খামগে ।" হায়রদুনা
ইমুং হারি মাঙ্গবী চংনিং চেম্পোরকদুনা
খোঙ্কম অহু পিক্‌তরু—"লাব-তুঙ্গংবগুম্ব,
লেংসিল্লকউ ইবুংঙো ! ননাও শিংনি ঐখোইদি।"
হায়না খাম্মে লেপখরে। "লেংসিনবিয়ু" হায়রদুনা
খম্ব চংশিল্লদুনা চপ্‌-লেপ্লরে দারিদা ।
ঙৌরোক ঙৌব কীঙৌথক—লুপা তাংগ তাবগুম
ইমুং থংবাল্‌ অহুদা খুমন মশক উবদা
চংনিং মাগী মবুকনিং পুমচায় ওইনা চাইখরে ।
নিংজবগী হায়রগা খুম্ব চেনসিনখিদুনা
খম্ব মাবু কোম্দুনা পুম্সিনখিদবোই নিংই।
থোইবী কৌসি কৌওম্‌দে ইরেন চংসিন্‌খিদুনা
খুমন্‌ নাক্তা লেপউরে।—"তৌরকইবা অসিদি
কদোমদৈনো !" হায়রুরে। খুমন মামা— "ইবেম্মা !
মত্‌ মুংঙাইত্রদুনা ঐ,-কনা কনা লাকপগে ?—
ইবাইগা 'খোইনিলাকই।—কদায় ?—আদা ফমহৌরি।—
কদায়দনো কৌবিরু।" হায়রদুনা থোইবীনা,
মখাই নাক্তা চৎখরে।—"ইবাই নচন থেংনরে।—
মুংঙাইরেদা ইবুংঙো।" হায়নদুনা চংলক্লে।
কম্মে ইমুং চংহুরা । "খুমন মামা কদায়নো !
মখাই দুনা কদায়নো।" হায়রবা চংনিং খংখিদ্রে ।

চংনিং ঙক্লে মতমদো। মজাইবেম্মা য়েংলগা
লোম্না হংলে থোইবীদা।—"য়েংথংবসি মখাইনি।"
ঙাক্লে, চংনিং থাগৎলে মুমা মবুক মুংতুদা—
নোংয়াই চমু খম্ন্‌দো, লাইবক কৈদা মুংঙাইদা
অসিগুম্বা মীওংদি হান্দক উ'সি মঙাইরি।
নিংথিজেদা খল্লকই। মাতু মথা তানরে।
খঙ্‌ম্ব লীয়ে। মমৈদা—"মুকম্ব মানা লেঙঙকএ,
পুখৎপিয়ো ঐহাকপু!" হায়জৈ মজা ইবেম্মা॥
সেলুংবনা—"ইবেম্মা! পাও তাবে কায়গনি,
ঐখোই পুগে হায়ববু নপাবুং ইবুংঙোগী
মায় য়েংদবা থোক্‌-অনি। মাতু য়াত্রি ঙাইবিখো।"
হায়রে। "মরে" হাযমরে। "মাররিনি চাক চায়ো
ঙাহাক পোৎখাবিয়গা।" হায়রকপদা থোইবীনা,
লাংই চংনিং চাক্কী পোৎ। "ঙাইখো মতম চাদরে।"
থাম্মে মসেন মবাইনা। চাক্কী খোৌবাং তোক্ক্‌না
অমরোমদা লাংলক্লে, যাগিদয়ে থোইবীনা
চাদ'য়াদে হায়রকই—কবো পুখম অপাকপা
নিংথিজবা অমদা পুন্না তোংলে থোইবীনা
কোলা নিংথিজন-মক্। মসেন মবাই চাখয়ে।
চান-চান খম্বদো উইরে মামনথিবনা।
কৈরোইজাম্বা মবাইনা "তু্মনিংলবরা 'বুংঙো?—
ইবাই ঐ তু্ম্‌জনিংদে।" অনি ঙাংন তাবদা
নূবা ওইবী অনিদো লৈবা লাকপা ঙমদরে।
মজাইবেম্মা থাদোইনা—'তাদ মুংশা খিবরা?
নোং ঙাম্নবোই নিংবরা হাওশী পাম্‌ থাবনিনে।
ঙাহাক পোখাবিথিসি।—ইবেম্‌-সনা কৈদশী।—
অওইবনি সেলুংবা।" হায়নহুনা খম্বগা

মসেন মবাই অনিদো, কান্নং কাংখন্ মন্মুংদা,
ইমুং মমৈ অহুদা মসেন মবাই তুমখরে ॥
মুন্না ওইবী অনিনা সেবা ভোরে অনিগী।
ঙাহাক অহুম লৈরগা থোইবী মপান থোকখরে।
নুরা খুবাং লোমরে খুরমক্লে মুমিৎপু।
"সংসারগী মবুংঙো মুমিৎ কৌবা লাইওদা,
ননাই ঐগী দনক্তা খান-লাক্লে অনিসে!
ইমুং মীকুপ অমত্তা ঙাইবিগো" দি হায়রুরে॥
থাদোই মাগী মবুকপু থোযুম মন্নাম উহুনা
মাগী নিংবা থংনবা ভানহুনা লোইখরে।
কবো তম্পাক অহুমা পুম্সুম্ লোইনা সুমখরে।
থোযুম মাগী নোংদম্না কবো মায়কৈ নোংঙান্দ্রে ॥
মসেন মবাই অনিদো পুং 'নিরোম পোৎথারক্লে।
হেক্কদবা মতমগী পনকদবা খোংকাপদো
কোরৌ খোংকাপ থায়বক্লে কাইরৈ এংখোং তমখরে ॥
মসেন মবাই হোগংলে। "তাদৈবুংঙো থারেকো,
থংলেন নংমু ইবুংঙো! থোইবী ইমুং লাংগিদি,
অৱাবা শরুক ওইরে। মুন্না ইপোক অসিদা
ঙমগনি হাযবা নিংক্রে ননাও লমন শিংববু;
মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইনা পোক্নুনা,
শিংগে লমন ননাওনা। লেংঙো লেংঙো থেংঙনি।
তাদবনা তারগা কেগে মোইরাং খংগনি।
মুমা ওইবী অনিমক, লৈহৌরোকো।" হায়হুনা
লাকএ মসেন মবাইদো। পামেল উকং তাবগুম্
সেম্বী মীবৈপুংহুদা থাদোই মাস্থু লৈহোই।
খুমন মাস্থু মোইরাং লোম—অকংবদি উনাবু
মালং নোংলৈ' পুবগুম ইয়াং য়াংনা চৎখরে॥

ককচিং খুঙ্গাও য়োৗবদা চিংথৈ পূম্‌ঙান্‌ ঙানখরে ॥
মসেন-মবাই অনিনা চৈরে তাখৎনহনা
চেল্লকই লম্‌জেন্‌ঙম্না। বাইখোংদা অনিরকনি,
ইথাইদা এংখোং অহুম মুরে মসেন-মবাই 'নি
মুংশিংকী মাংদা থাখি অনিহনা চেল্লকপা।
ফল্লাং শিংখোং য়ৈরকপা মুমিৎ থোকপা মতমদা
মাংগোল ময়াই য়োৗবদা হাওগরম্‌ পাৎকী হুবাই
য়োৗরবদা মবাইনা—"য়োৗরে শাজো" হায়রকই।
তপ্প চৎলে হুদগী। খর চৎলগা নোংবান—
মাগী সগোল সোই-অমা লম্‌হাং অসি মক্তদা
লাকপ হোৎনরম্‌ই মুম্‌। মসেন মবাই লাকপসি
উরে নোংবান কোংয়ানবা—মতোমদা স্রুং হেক্‌ শাওই।
"হাই চৎলিবোইরে মাদে! খংগম্নিদো ঙসিগী—
ইতাওগা তাদ-গদি কদায়দা চৎলুবগে?"—
খঙ্গনা "ইবাই পাপী অসি লৈরে" হায়রকই।
ফৈরোইজাঙ্গনা—"খংঙে মুক্‌থুমদা খুম্মুখিমু।"
হায়রে। মবাইমু খুমদে। হম্না হম্না হংঙকই,
নোংবান মমৈ থংহুদা—"ননা পাত্রা করিনো,
মীনা হঙভ' খুম্‌দবু—করি নোংবান নং ঙসি
নত্তিক চাবা তৌগেদো—লমন শিংগে—'হুঙৈগী।"
হায়না খম্ব অমুক্কং হংঙকপদা, নোংবান্দো
করি 'মতা শাওরক্কে। "তাদগা ইতাওগবু
কদোম চৎপিরুবগে?" হায় ইহন্‌ হম্বহনা।
"চৎনিং' মফমদা চৎলুই।"
হায়বা খুম্‌ই খম্বনা। "কবো ভান্না নহোরদি
মজা ইবেম্মগীদা চৎলিবোইরে?" হায়রকই।
"চৎনিংলগা চৎকনি, চৎনিংত্রগা ভোকনি,

নংগী করি-নমিল-দৈ, থাংউ নোংবান নং ওসি ।।"
হায়রদুনা খম্বদো লাক্লদোরে নোংবান্‌বু ।
খুমন্‌মাদি মুম্বিংতো "লোইগে ওসি নোংবান-সি,
মানা ঐবু লাকচখি মাপী ময়াম থোম্বদুনা,
ইবাই কুম্মৈ "রেংসম্ব" মবুকনিংদা খন্নুরে ।।
খংবি মতৌ উবদা অমমোমদা শাওদুনা,
মগোম্‌ হুপ্দোল্লদুনা লোংবান মদোম চেনখরে ।।
মসেন মবাই নোকহৌই । নোক্লা নোক্লা হুম্‌ লাকএ ।।
মসেন মবাই অনিদো নোমথোন খমাই থোংজিন্দা
থুংই—তারে অনিদো—চাওব নোংথোনবী অনি
"চাক থোংলো ওসিদি ঐ, কবো য়োৈদ' য়াদরে
বন্দি লোৌথোকউবিগে ।" হায়নরম্মা বাকমতু ।।
কৈরোইজাম্বনা "শাজৌ ! ইবাই 'বুংগো !—তারব্রা ?
ঐথোই 'মিবু নমান-না, কবো মীরৈপুংদুদা
বন্দি লৈগ্রে নিংমাল্লে ।" হায়নৈ । অনি চংলকই ।
অনি মশক উবদা—"হাই ! লাকএ হাই"—হায়রকই ।
মবুক-মুংদা হল্লাওজে । বাহু হংনৈ—"মহোম্বদি,
কদায়াই কান্দা য়োৌই ? চাক-কাদি চারক্রা ?"
পেৎন পেৎন হংলকই লংনৈ মুম্না চাওবনা ।।
"চাকভি চারক্কে কোলা ওইনা খর চারকই—
সোরাৎ মুম্বিং মক্কদা থুংঙ্‌রবোই নহোল্লদে ।"
কাগি তৌই চাওবনা । মমৈহুদা মুংঙাইন্ডে—
"কপ্‌হোবরা থোইবীদে ?—ইমান্‌ 'বুংগো কপ্‌হৌই ।
হায়নৈ মকু মমাকনা । মোইরাং নোংথোন অঙম্বা—
মবুংগোই মচাগা-ওই । থাদোই লাংওন্‌ কবনে,
ইপু ইপু হায়দুনা মম্ব মচা মদোগুম্‌
হেক পোক মহাক-মক্তী লোয়নরকপা খন্‌রনে ।

লেম্বী মীরৈপুংস্থদা মাগী সংগ কায়থুনা
লৈয়াং মদোম তাখিবা—ময়াম অসি খনবদা,
কোরৌ শিংবুম কয়াবু থাদোই শক উখিদা,
বাখয়েদা চাওবদো মুয়া মশুই খনবদা।
মিৎস্ত পিবু তাথুনা হিক্লা কপ্‌ই নোংথোম্বা।
নোংথোম্বনা "কয়েদো লোই—কৌখৎনবরসি
হোৎনরগে ঐহাক্লা।" হায়নরক্লে। খম্বনা—
"ইমান 'বুংঙো ওস্থোকই! কবো লম্বী কৎতবা
লম্‌দম থুদা কৈদোদে। ইমুম মোইরাং য়েৌরগা
হুক্লকপদা লমখাংদা খুদি অমা থিরক্লে।—
করম দৌনা অমুদোন্‌। কয়া' নান-শোকপগে?—
মাহ্ নত্তে। করিনো?—মোইরাং হাওগরম পাৎতা,
মী খুদিনি নোংবান নি।" হায়রে তম্মে রাকম্‌দো।
"ইন্দোন চাইরেল ওংবী 'দা চংলুবনি হৈ-থিনবা,
খুম্মই, 'তুবু নোংবান থাজখিদে, চেনখরে।
সনা কোম্বুংদা মাল্লি।" সিম্ভু তম্মে খম্বনা॥
রাকম অসি তাবদা—"শাজো! নয়ুম চৎথ্রমু,
ঐ'দা মুম্বা লৈথোক্লো। সম্ব খোংবী লনম্‌-দো,
শিংগে ইকু মহাকপু।" হায়না খামথ্রে চাৎবনা॥
কোম্বুং য়েৌথ্রে নোংবানদি সনা মাংদা তুরুবে।
মপু সনা য়াথংনা—"তয়ুম নোংবান করিনো?—
ননাই ঐবু ইনিংথৌ পুকনিং মাম্না খুংঙাইত্রে!—
না-রেকপ্ য়াওত্রা নোংবান?—মাহ্ নত্তে। করিনো?—
মজাই 'বেম্মা থোইবীবু লমাই মিপা অনিনা,
কবো পুংদৈ পুরক্লে।—হেক উরক্লবরা নং?
পুরকপ মী কনানো?—ইত্তাওগা মবাইরগনি।

লাকই। ঐনা হংবদা—'নশিন করি লৈবগে,
চংশিংবদা চংকনি' হায়না ঐবু চৈরকই।—
"ইচাই শক্তি উববা?—শক-মক্তি হেক উরক্তে।—
দং! করি! করি হায়ে! নিংথৌ ঐন করিগী
খংদগনি। চিংখুবা, নোংবান অনি তানরে।
থোইবী লোয়া লোই-খারে। মোইরাং হায়বা লৈপাক্তা
নিংথৌ ইচিন ইনাওনা ইচা 'মতা পোকইনা!

\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+

নং-মাহুদি খংদরা করি নসিন লৈবগে।

\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+

মবুংঙোনা মহাক্কী মনেম মচা লৌক্ল'বু
মনিংনিনা তৌসন্নু। নোংবান নরা তানিংদে॥"
হাযবিরক্লে মপুনা। "অয্যাবদা হায়কুনি"
হাযনা নোংবান খোয়ক্লে। চিংখুবৈদা চংলক্লে।

---

## ১১

# থম্বনা কবোদা কোইবগী
# য়াথোক অমসুং বিচার

নোংবান ভক্ত্ ভুরুরে। চিংখুবনা নোংবান্দো—
"ভমুম নোংবান করিনো ? ননাই' চোরোন য়ৌবসি
ভপ্‌মন্‌খরে খরদং। নখোম 'বেম্মা থোইবীবু,
কবো লোইদ থাবসি, মুমিৎ মশিং ককপরা ?—
কক্তে নংঙোন্দা লৈগে হেক হায়ত্রি শাওবা নোংবানবা!
মুমিৎ মশিং পিখিদে। ইনিংনিনা করিনো ! -
নচাই 'বেম্মদি লাক্লে !—করি নোংবান কোংয়ানবা ?—
ইবেম্মা লোইদৈ লাকএ। করমদোনা অপানবা ?—
মীনা পুথৎলকপনি। করি, কনাগী য়াথং ?
কনানা লৌথংলুবা ?—থংবিরিবা 'হু মঙাই
মসেন মবাই অনিনা। কৈদৌঙৈনো ?—ঙসিদি।—
শোইনি নোংবান ? শোইরোই-গ্যা।—হন্নাওত্রিবরা
কোংয়ানবা ?—
সমা য়াথং ভাকপিসি !—লোম্না হাৎপা ঙমখিদ্রে।
ঙসি কোংন অনিবু হাৎলগনি বারনু।—
সনা চোরোন্ কৃপানি।—থুন কুম্মো নমুমদা,
ভম নোংবান খিনগনু—লৈরম্মুকো চৈরাপ্তা।"
হায়রিথরে। নোংবান মমুন য়ৌরুত্রে।
কেগে চৈরাপ্তা চংখ্রে। চিংখুবদো শাওখরে।
মতম অসিদা নিংথৌনা সনা বুদ্ধি তৌরকই,—

মশেন মখাই অনিদো হাংখিবনা হান্নরি ।"—
খল্লে । শামু খোংগিদৈ নোংবান্ চিংখু' অসিবু,
সনা পুক্লিং চিংনখি । সনা য়াখং—"অতোন্ খোই !
কনা কনা লৈবগে ?—নখাই ঐখোই ঐগ্যা ।—
নিপা কুম্ত্রা চোংখোকউ ! চংলু, মোইরাং খুল্লক্লো !
সুবাংজৈ পাহ্, খিল্লে । কেগে খুল্লক থুং-মখৈ,
চেল্ল, খিল্লে চাইখোকউ । লোইন প্রজা, অঙবা,
কোৎথুংলু চৈরাপ তান্না ।" হায়না নিংথৌ হায়দোক্লে ।
সুবাংজৈ, কৈদাজৈ, পায়রে -"পায়রিবসি উখরা ?—
লৈবাক নিংথৌগী পাওনি । কারো খিল্লে চৈরাপ্তা ।"
হায়না পাওহ্ থুংখরে । "করিনো ! করিগীনো !
কল্লি-কল্লি পাও অসে ? খুমন্ নিংথৌ মহাক্না,
'শামু খোংগী হাক্তকী মনাও লমন শিংগে ।
হায়ন হি-য়াল্ লাকপরা ?" হংনৈ পুম্নাং লাংখরে ।
চেংজন্ ঙাচেন য়োম্নরে । মীতিন্ খরে চৈরাপ্তা ।
হাম্ন লৈরম্ব মান। কোনবা লাকপা খুদিংদা
"করিগিনি হায়বগে ?" হায়ন হংই মোংবান্না ।
"থংদে সনা য়াথংনি ।" স্নম্না খুমই ময়াম্নস্থ ॥
নোংবান মবুক অহুদা—"ইমাংদদি চৈরগা
শিন্ বীরকইবোই ভুংদা, মোইরাং নিংথৌ ইখুংঙো,
সুংশিদা" স্নম্না খল্লি । সুংঙাই মাদোম কোংয়ানবা ॥
মোইরাং তক্ল পাও—থুংখ্রে । অথৌব খোংলেন-মবু
ভাকহনখিদে নিংথৌনা । তাবদি তাই খোংলেন্ বা
"করিগীনো" হংবদা "থংদে মীদি কান্নখি ।—
কাজমহ্ কৈদৌনি ময়াং থোকী মনাংখোক ।"
স্নম থোংলেন লৈখোকই ॥ খম্ব খবাই বাম্রক্লে—।

কৈরোইজাম্বনা হংই—"তকিং তকিং করিনো ?—
হৌনবরা করিনো ! মুংশা থিরে ঐহাক্তি ।
ঙরাংদৈনি করিনো !—চৎলো মুংশা থিরুসু ।
করি দৌরগদগে ইসেন অঙাং খম্বগী,
ঐ-লৈরিদো ।" হায়রিরে ।—তৈমে বারম অপুম্বা ।
খম্ব অতুম হনরে । মসেন মবাই লৈহৌরে ॥
তম্পাক মুমদা চিংখুবা—সাবোং লাম্পোং শেংখরে ।
শাৱাও মাল-লাও-খোল-লাওরে । লাংগোইথক্তা কাখরে ।
লিরুং তেন্দোং পোখরে । করিগীনো হায়বদো
খংদে মাগী তালোইশিং—ঙরুহৌই ময়ামদো ॥
মতুং ইনবা মনাই 'মা তালোইশিংনা ফাখরে ।
হংঙে বাসি নুমহুনা—"খম্বা, নোংবান, চিংখুবা,
অহুম সিগী মরক্তা শিনি ঙসি অমদি ।
'নজা ইবেম্মা থোইবীবু খম্বা মানা পুরক্লে ।'
হায়না নোংবান-লাক্পনা তৈমে যুবরাজদা ।
তুগী ঙসি শাওহনা খম্বা হাৎকনি হায়না
হৌরিবনি ।" হায়রক্লে । বারম অসি তাবদা
মথুৎ থেক্পনা কপখ্রে এংখুরাংবী মমাদো ॥
মাগী মতৌ উবদা মনাওশিংসু কপরে ।
মরাম বাখল তৌবদা 'কৈদগীনো তৌরম্মোই ।
মীনম্বা বানি' হুম্না লেপ্লহৌই তালোইশিং ।
লাংগোই সয়াং থকতুদা—চিংখুবনা লাওরকই—
"কেগে মচা থাংউদো ।" লাল্লোয়নবা চিংখুবৈ
মতৌ অসি উবদা মোইরাং পুম্নাং লাংখুরে ॥
থনি অসি খম্বসু—চাওবা, থোংলেন খম্বসু,
লোইনা পুমতা তানরে । "মসেন মবাই পুক্লোই,
নোংথোন নাক্তা লৈহৌই" খম্বুবনা খম্বদো

মবুক থোইনা য়াখিদে । "নিংথৌ মচিন মনাও-সে
লাম্লেংনগে হায়রবোই।" খন্দোকখরে নোংথোম্বা ।
"তৌজসম্মু কৈদৌনি" সুম্বা তুমিন লৈথোকই ॥
থোংলেম্বম্মু "করম্বা লানগী খনিনো" হায়না
য়েংই ভোজোন তৌদুনা। শাম্মী-লাম্মী উখিদে।
তুমিন অহুম লৈথোকখি॥ ময়াংনরক্লবদা
কৈরোইজাম্বে মতৌদো। খুমন মানা উবক্লে ;
খম্ব করি খৌশাদে - অহুম্ তুমিন লৈথোকই ॥
কেগে চৈরাপপুংদুদা যুবরাজ থুংখরে।
চৈবাপ পুংলাং লাংঙকই।—"করিনো ?—কৈম্মু মত্তে।
খম্বা, কৈরোইজাম্বম্মু, মপা নোংথোন্ অহুম মক্
কথেন 'ওম্বা নংনবা থিল্লে-থিল্লে কৌথৎলু।"
হায়না যুবরাজনা ফিংনা অনিরক সাওরে ॥
"তপ্থবিখো" হায়দুনা খাম্মে থাংগয়াকপনা ।
চিংখুবদো থরদং তপথদুনা ফম্বথরে ॥
"খম্বা মাবু হাৎকনি, সুংগোইবীদা চম্বগনি,
নোংথোম্ববু তুম্বিদা, কৈরোইজাম্বা সেয়ৌদা,
লোই থানি থিল্লে চৎলু।" হায়না 'মুক্ত্ লাওরক্লে ॥
খুয়োল-লাকপা থাংগ্রাকপা—'ওম্বা অনি চংদুনা
"তৌবিখিম্মু যুব্রাজ, খুমন মাগীদি 'মনি ,
নোংথোন মপা মচাবু সনা যাথং হাকয়ল্লি ।
ওসি হুমিৎ অসিদা শাবোৎ লানপোৎ সেৎপনে.
সনা যাথং মতানে, নিংথৌ নাকোং তারগা
করি খনখিগদগে, তৌবিগম্মু ওইবিখো।"
হন্না হন্না খাম্মকই। য়াখিন্নবে যুব্রাজ,
থিল্লে খিল্লে হায়দুনা য়াথং য়াক্না তৌখরে।
দালাই পাবা অনিমা খম্বা মায়দা থাব্রকই

অহুম অমা নোংথোন্দা মঙা অসি থাম্লে ।
খম্ব মাবু উমদে—খুমন্ চমু মচেম্না—
"ইহু নিংথৌ লাইরবা মমান্ নোংথোন্ বনীদা
চংথি" হায়না খুম্মকই। অনি অদো থোরকই
নোংথোন্ বৈদা তম্মকই। অহুম অদো য়ৌরমন্ত্রি,
দোলাই পাবা মঙাদো নোংথোন মায়দা চংলে।
নোংথোন মানা কৌসিনবি। অথাপ-পদৈ খুম্মই।
মঙা অহু কায়দনা অবাং থংবা সংগোইদা
নোংথোন ইংগিং ঙাইহুনা সুম্না দোম্বা ফমজরে।
মপাই মাথং পুহুনা কৈরোইজাম্বা হংউরে ।
সিনি হুনি হাম্নবদো হায়রে দোলাই পাবনা
"মরমদদি থংজদে।" হায় লিপা মঙা হুনা ।
নোংথোন্ থম্বা অনিমু মরোম অসি থাপ্লপ তাম।
"শাবোং লানপোং শেংলকই" অসি ফাওবা হায়জরে।
"থংঙে থংঙে 'য়াম্ব-শা চংলো লাক-অনি ।"
হায়বিরকই নোংথোন-না। মঙাহুনা "ননাই 'থোই
হংগংপদি ঙমদরে—লোয়নরকউ হায়রকই ।"
থোংথোম! ফুরুং শাওথরে—দোলাই পাবে বা 'হুদা-
"দং—করি হায়ে চংলো! ঐবু কৌরিবা মীদো,
ঐগী সিদা লাও-হায়্।" হায়মা লাওরে নোংথোম্না।
মঙা অহু চংথরে—কেগে চৈযাপ য়োৌথরে ।
লোইনরক্কে হায়হুনা মঙা হুবু চৈবিরে।
চিংউবদি ঙমজদা মঙা অদো নংথরে ॥
সোম্দা মোইরাং নোংথোম্বা শেক-শাব লোইথরে।
কিব মান্গনি থল্লি পাকত্তি থেক কারক্করে ।
পুংহু থর কাম্নরে। "করিননো লাক্কেনা ।"
চিংথু অমুক হংলকই। অসাই চংথুনা মঙা—

দোলাই পাবা শিংত্বনা—"নোংথোম্বদি কারক্-ওই ;
'লোইনরকউ হায়বদি, ঐখি ইরাল নৈজদে,
মরম খংদনা ঐনা চৎকদরা, লাও-সিদা
খেংনসি হায়রু ।' হায়না মমৈ ওইনা-ওংহৌই ॥"
হায়রে চৈরাপ ত্তিনবদা। চিংখুবদো শাওবনা
মৈগুম হৌরে ; লাওরকই,—"নিপা তরেং হৌজিকমক্
থিন্নে কৌরু চৎত্রিরা।" নোংখাকপম্ মঙাইরে।
লোইশং নিরুপবদা 'ওম্বাশিংনা লাওরক্লে,—
"কেগে চৈরাপ হায়বসি নয়াংংগী লোইশং-নি।
ইবুংঙোগী য়াথংনা কৌবা হৌনৈ কৌরুরে।
নিংথৌ ওম্বা 'ওম্বনি সিদৈ হেক্তিল্লবদি,
নিংথৌ য়াথং নৎতনা মনাও 'বুংঙোইদনদি
চৈরাপ দোলাই পাবদি থাবিরম্ থন্‌বিথো।
নিংথৌ নাকোং তারগা চৈরাপ ওম্বা পুম্ব-সে
নিংথৌ দণ্ডি কংলনি।" হায়নরক্লে য়াথিন্দ্রে।
যুবরাজগী মনাই নিপা মঙা থারক্লে।
নোংথোম্বৈদা থুংখরে। নিপা মঙা অসিনা
বাশা মখৈ শান্দোকএ, বাহু তরু তরুনা
কেগে চাওবা নোংথোন্দা—"চিংখু সনা য়াথংনি
খুমন্ নমাক অঙাংনে, ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা,
কেগে ইঙেঙা নোংথোমে, লেংখৎলকউ হায়রকই।"
হায়না বাকম কজনা হংগৎচরে মঙাদো।
নোংথোন মানা—"কজেদা পান্না চারো" হায়ত্নদা
পান্না খুদপ লানবিরে। থাগৎপিরে মঙাদো।
মসেন মবাই মকুন্দে তন্‌থা নিপা য়ান্থেনে;
নিপা মঙা অহগা কেগে লাখোং তমক্কএ ॥
চৈরাপ্ থোংজিন মৌবদা নোংথোন দোলাই থারমই।

কোংগোন তৌনা চংখয়ে। "বাংগোম নিংথৌ ইবুংঙো !।
লৈবিয়স্নে !—ইঙেঙাশিং ! বায়ৌবিন্নু, ঙসিদি
ঐদি খর খিন্‌খয়ে ?" হায়না ভক্তি তৌনরে।
চৈরাপ চেগপ্‌ মথাদা ফীদা থারে নোংথোনগী।
খুমন-মমাক খম্বনা নোংথোন মাগী মাংচুদা,
কাগোক থোগন তৌরকই। নিপা য়াথে অচুমা
মরি মরি চংল্‌কই। থোদো অসি উবদা
কেগে মীয়াম অচুনা "তাবদা 'সুম্‌ মকম্‌,
য়েংবদা সুম্‌ মহৈয়।" হায়না নাপ্প চিক্লখি।
কমকম লাংদা নোংথোনবা চিংনা লেম্ন কমথরে।
নোংথোম্বদো বা-হৌদে, চিংখুবগা অমিদো
খানা খানা য়েংনরে চৈরাপ সুংশা হোমদে।

## ১২

লম্ন হৌবা নোংলক্তা নোংথাং হাইদোরকপগুম্‌
চিংখুবনা চাওবদা—"ইপু চেংলৈরাকপবু !"
চাওবা চোংথৈ ফীদা-দৈ খুরু খুদক লৈদা তা —
"অজ্ঞা !—নমাংদগীদো, ফম্মিথদো কনানো ?—
ননাই কাওবিববরা ? - অচুবু কনানোনে ?—
ননাই মৈলৈ লাংবনি।—কম্‌-দৌবা কনানোনে ?—
ননাই সিজ মতৈনি।—সিজ মতৈ হায়বদে ?
নমাক্‌ ইবুংঙোনিনা।—চাওবা কয়ি মিং-হায়মু !
লমজা অচু নৎতরা ?—মাসি ননাই খম্বনি। "
থনমচুনা চাওববু খম্ব য়োমদা ওস্সিনপ্রে
চিংখুবনা খম্বদা—"হাই ! লমজা। খম্বা !—অজ্ঞা !—

মং ঐবু কিদবরা?—অজ্ঞা ননাই ঐহাক-কি!—
করিগী কিরিবনো?—নিংথৌ মচিন ননাওনে,
ইচেম ইপা গুরুবু নমাই ঐহাক য়াম্না কি।—
করে হুদি খাংউকো!—ফনি!–সংলিংবা নৈত্রা?
মুরিবদা পুথখো, লমজা মগুক ককউয়ো!
মুমিৎ তরেৎনি ফৌরু।" চিংখুবনা লাওবকই।
সংলিংবা নিপা মডা খুদক্তুদা চোংথোকই।
খুমন্ নাক্তা চংখরে—"খুমন অঙাং চৎসিদো।"
মঙা তুনা হায়রকই। নোংয়াই মানা "য়াম্ব-শা!
ঙাহাক্তদি ঙাইবিখো, ইমান্-ইবাই অমিদা
খুমন্ চমু ইচেম্গী কোলোই পাওমেমজখিগে।"
হায়না খম্বা খামজখি। নৈপাক পূম্বা ঙকখয়ে॥
বাগী লংজিন খংদনা কেগে চৈরাপ চোম্ন-তিল,
ইপুং নোংয়াই মতুংদা খুমন্ মাবু কৌহুনা
সমু খোংদা য়েৎপদি কেগে কনা উদবৈ
হুবাল্ লাম্না ওইবনি। ঙসি মোইরাং তিনবদি
অহিং মক্ল্ নৎতবা। লোম্না তৌবা থোক্তবা!
কংলা য়াইবুং থিল্লুনা মোইরাং নৈপাক তিমবনি,
মপু সনা য়াথংদি নিংথৌ মাগী ওইনা-থোক্।
বাংগোন নিংথৌ হায়হুনা চিংখুবনা চাওবনা,
মোইরাং নৈপাক অসিদা নৈপাক তংখাই হাংপম্ব
ময়াম্বনা নিংথৌনি, মনিং তৌব ওইবনি।
নৈপাক মীয়াম অতুনা বাগী মচেৎ অমতা
য়ানখিদব অহুগা খুমন মাগী মরিদা।;
মায়কৈ পূম্বা য়েংবদা খুমন পূম্মম মম্খরে।
নৈপাক নিংথৌ পানবসী বায়েম্নদি কাতি ওই
কল্লি থৌই হেন্ফদা। মাগী পাম্বৈ ওইজবা

মকু মবাই অনিনা মতম অসি ফাওবদা
বাগী মচেৎ অমতা য়ানখিদবা উবদা
কেগে চৈরাপ মমুংদা পলেম পঙৌ অনিদি
নোংগাখিদা থোক্লবা পুরেম্বদো মপানা
মাগী বাফম খিবিনি, মোইরাং নাম্ম ওইরগা
ময়েং চুংবু ওইহনা পাম্বোম তাবু ওইহনা
খুমন্ খরাই হিং'দৌবু খন্‌খবোই খম্বনা,
মিংতা পিবু তাবক্লে, মোংয়াই মকু মবাইদা
মমাম্ম লৈশিল্লক্কুনা মচেম খম্নু কৌবকই।—
"লমজা ওইবী ইচেম্‌দো, ঐ-দমকতা বাবি-নি।
ইমাম্ ইবাই অনিনা মীরাইবিমু ইচেমদো।"
হায়না মচেম শিন্নরে॥ নোংয়াই মতৌ উবদা
লৈপাক মপি তানরে। অতৈ 'ঙম্বা ময়াম্না—
"ঙাইখো ঙাইখো সংলিংবা—করি মরোল লৈবগে?"
মুম্না হায়না হংলকই। যুবরাজনা "পুখ্রো" হায।
"নোংথোন্ মপা মচাসে করি তৌরি" ঙংনরে।
চৈরাপ ময়াম অহুনা য়েংখি মপা মচাবু॥
খৈবোইজাম্বা মবাইদি চরৈ পুমবুম তাথৎপ্রে।
মসেন মতৌ উবদা মোইরাং চৈরাপ তিনববু
কাং-তুমিৎ কুম্না উখ্রে। খৈরোইজাম্বা হৌগৎপ্রে॥
নোংথোম্বনা লাওরক্লে—"হাই! করিনো সেলুংবা!
কেগে চৈরাপ মমাংদা হৌগৎপা হৌমবরা।—
দোলাই পাবা লৈতরা?—ননাই'খোই লৈ—নোংথোনবু।"
ফু! নিপা মঙা অসি সংলিংবা ফুত্রিবরা!"
হায়বা নোংথোন য়াথংনা; দোলাই পাবা মঙানা
সংলিংবা নিপা মঙা ফৌবোম ফুগুম ফুগৎপ্রে।
চিংখুবগী মনাক্তা মঙা অহু চেম্পিনজে।

যুব্রাজ মমাং ফাওবা তান্ন-তান্ন ফুথরে।
লু-দগীদি ভানপ লু. থাওদগীনা ভবোং-থাও
বাকবোক্ খু বগুম্না চাওবা ফাক্ ফাক্ নোক্থোক্লে।
দোলাই পাবা মঙাদো চাওব-পান্না কোক পিজৈ।—
"ঐনা হায়বদা তৌকো!—ননাই ঐখোই তৌজনি।"
খুমই মঙা চপ-মান্নৈ, মঙা চৈ মুক্কুনা ভাই।
"হাই হাই তাও সংলিংব-শা। হৌনবরা,—অহুন্না!
করি' মরম্ হংদনা নহোয় মঙা হৌগৎলি?"—
নোংথোম্বনা চৈবিরে। চিংখুবনা—"নোংথোম্বা!—
অজ্ঞা!—কয়া চাওরি নং?—পিকই চাওই. হায়বিয়ু।—
সংলিংবা করিগী ফুই?—থৌগল-লোম্না ফুবনি,
হায় হায়হনা, হংদনা চোংথোকপগী ফুবনি।—
নিংথৌ ওইরি' য়াম্বনা—ঐনা হায়রি; করিগী
ফুই নংনা সংলিংববু মরম ইহং-হংদনা?—
কেগে মোইরাং লৈপাকতা অঙম্ব ওইরি ঐনা,
কি হায়রগা মী হাৎপ্রা? মরম ইহং-হংদানা
ইমাক করি হাংকনি?—লম্ হেল্লি অহুগীনি
নমাক হাৎকে তৌবদি।—কথেন ওম্থংলক্পদা
হায়রকপহু সিগীরা?—মানি নমাকপু হাৎপা,
নপা নচানা লোইদা।—মরম খংনা ননিং তৌ,
খংদনদি কৈদগী, নয়াম্বুংগী য়াথংনা,"
ইবুংঙোদি কৈদগী।—ঐনা লোইদা থাখিবা
ঐগী ইচা থোইবীবু করি লোৎপিরুরি?—
লৈরম্মনি অহুদি, কবোদম্ব মী থারো,
থিহনবিরো অহুগা লৈরমদবা থোক্লবা,
কয়ম দৌনি হায়বিয়ু। বাকম সিনা বনানা
যুব্রাজদা হংগৎলি?—নোংথাম্বা হায়বা বানি।—

হুদি ফরে কোংয়ানবা !—ইপম্বৌ !—অঙোম নিংথৌ !—
য়াম্নুং নোংগোম তাকপিয়ু !—কৌখৎলম্ দরবদি ?—
খম্বা মশেন্-মবাইদি কৈদা চৎলু' অহুদে ? –
য়াওম্বুরাকপা হায়রিবা চাইরেন নিংথৌ ইসেন্-না
ইচন তোম্বী লৌরিদো, মনে সারে ; মনেনা
মশক উগে অহুগা হৈ অহাওবা চাগে হায়,
হুমীদমক ঐহাক্না মসেন মবাই চৎহল্লুই ।—
নজাইবেম্বা অহুনা হোয়েল লৈরমদ্রবদি
মনাও 'বুংঙো তাবিসি, ননাই সোংবান হিংগদ্রা ?"
বাফম অসি য়োৌবদা খুম্ কম লৈত্রে চিংখুবা ॥
নোংথোম্বনা লৈপাক্তা—"লৈপাক পুম্বা তাবিয়ু,
হায়নরিবা বাকমসি !—ঐখোই মোইরাং লৈপাক্তি,
মপু সনা য়াগংনা মোইরাং নিংথৌ মপুগী,
কংলা য়াইপুং থিন্দুনা লৈপাক তিল্লু হায়নগী
লৈপাক ঐখোই তিনবনি ; মরম সিনি হায়বদি
তাব থংব লৈনদ্রি । মনাও 'বুংঙো লেংখৎলি
সাবোৎ লানপোৎ থোল্লকই । থুংলবগা নোংথোনবু
সনা য়াথং কৌহুনা তৌনরিবা সি মঙাই ।"
সুম্না খুম্মে লৈপাক্না । নোংথোনবনা— "ইবুংঙো !
ননাই ইমাক খম্বদি চৈফম্ মকস্থ কোকতরি,
ঐদি ঙমই হায়হুনা পংতৌ মতৌ্বিবোইরে !"
যুব্রাজনা—"কাম্নদে ইচা পুথোকপিরকউ ।—
থিয়ু থিয়ু ইবুংঙো ।—করি' খিজরুগনি,
হয়ানবনি নখোইনা পুথোরকউ ইচাদো ।—
থিয়ু ।—খিরোই ।" হায়হুনা নোংথোন যুব্রাজ লাওনৈ ।
"খোংলেন অমুক তাম্নবা ঐখোই মৈম্বুৎ ওইগনি ।
চম্নবিয় ।" হায়না লৈপাক হংনা থাম্মকই ।

"নিংথৌ মক্না হায়রুনা য়ামরোইদো ঐহাক্কি।"
হায়রে চিংখু নহানা। "হুদি কয়ে থিহল্লো
মপু চোরোন হংগৎলু।" হায়না খুম্মে নোংথোম্না।
"খুমিৎ খুদাং মচা নং' বিচার তৌবিরব্রা।"
থিনা শাওয়ে যুব্রাজ। নোংথোনবগা অমিদো
য়ুংখৎনরে চৈরাপতা কংলা লাখোং মৈহৌরে।
যুব্রাজগা নোংথোনবা মাংগা তুংগা চৎতুনা
চংনখরে নিংথৌদা। অনি লাকপা উবদা
নিংথৌ হোদ্রোং উরকই॥ "কৈদৌমরে শানৌদো ?—
নোংথোন কৈদৌরবগে ?" কৈথা পোনবা শাগুম্না
মোংথোল লৈদা কুন্দুনা ৱারম লোইনা হংগৎলে
হংবিবদা মপুনা। মোইরাং নিংথৌ শাওহুনা—
"ইনাও তোন্দি তৌরেনা! নং ঐনা থাজখরে,
মংনা নদোম্ কৌথৎলে, খুমন্ ময়ুম নাক্তগী
থোইবী লোইদ থাখয়ে। ঐনা পোকপ নত্তেদি
খল্লহুনা মহাক্লা নচা তাংই হায়হুনা
ননিং তৌরে ইনাওদি। নোংবান মাদি অসাইনা
ঐগী সিদা লাক্-অম্মে। মচিন থি হায়হুনা
ঐনা তাম্মোকখিবনি। মাগী ৱাবু লৌবদি॥—
নংগী নতৌ অসিনা নংবু কিয়ে 'য়াম্বনা
সিনা ঐনা ঙসিসে চৈরাপ তিলহল্লুবনি।
ঙাইঙমত্রবো ইনাওদে 'য়াম্বে পুন্সি লোমগ্রগা
ঐগী ফম সে লৌহৌদা।" শাওয়ে চৈয়ে মনাওবু॥
চিংখুবনা—"য়াম্বুংনা ইপু খোইগী অসুম্না,
মীচং হেক হেক চংহুনা তৌহল্লিবা ঙাক্তমি!
মুপী মানবা হায়বনে, লোইয়ে মীনি খন্দয়ে।—

মুপী গুম্বা থম্বদে হায়জবনি বারৌম্নু।"—
খুমই মোইরাং নোংথোনবা। "চৎলো চৎলো শানৌতোন
নপুনা হায়বা চুমই! নচা অদো খিজরু।"
হায়বিরক্লে নিংথৌম্নু, চিংখুবদো চৎখরে।
"থোংলেনবদি য়াওদেকো?—ননাই ইতাও লাক-হৌদে।—
কবে থোংলেন য়াওদবা—লেপাক মাংঙমগনিদা।—
ননাই কোম্না লাকসন্নু ঙাহাক লেংথোকপিদুনা
বিচারসি লোইবিম্নু; ননাও 'বুংঙো, কোংযানবা,
অনি অসি মোইরাংদা লম্ যাম্না হেনগদোরে।"
হায়নদুনা নোংথোনবা মোইরাং নিংথৌ অনিদো
কেগে চৈরাপ্তা খুংব্রে। লাইজ ইচাওনদোগুম .
অতোং অকুৎ তেম্নক্লে,—"কেগে চৈরাপ অসিদা
'ঙম্বা ওইনা ফম্ববু করি দৌনা ফম্বগে!
অমৈ বাদা তাবরা—তাননবা ফম্বরা।"
সনা যাথং তাওথরে। 'ঙম্বা লৈপাক মথৈনা—
"ননাও 'বুংঙো হাযবদি অচৌবনি লাই-গুম্বা
ননাই ঐখোই অঙম্বা ময়াম চংনা লাওজবা
কব্বিগুম্বা ঙাবিদে।" বারম লোইনা তমজরে।
মপু সনা যাথংনা—"অঙোম হাযবা অসিবু
ঐগী মোইরাং অসিদা কমদোখিগে হায়রিবা।"
হায়না অঙোম ঙারকই।—অঙোম মথৈ লোংমরে।
কনা অমা চোংথোকই -"খোয়নথেমদা অঙোমগী
ঈ চংজকবদনি, অঙোম অঙোম মায়দে।"
লাওজবকপা যাওরকই। "অঙোম নিংথৌ চাওমল্লি।"
নিংথৌ অমুক ঙারকই। অঙোম নিংথৌ—"ননাই ঐ
বারকচবা ঙমদবে। ননাও 'বুংঙোই মনাইনি।
ঐগীদম্নু চংদরে নোংবান হায়বা ইচাসে।"

লাওজে সনা চোরোন্দা। অঙোম মখৈ নিক্লরে।
"পুখংলম্মে খম্বনা, পুখংলমত্রে নোংবান্না,
লাল্লে অহু মঙাইরে।" লাওনৈ লৈবাক মীয়াম-দো।

১৩

চাওবা মী থাখরে থোংলেন্‌বরু কৌক্লরে।
থোংলেন চৈরাপ্তা থুংঙে। মাগী মফমদা ফমদে,
চাওবগীদা ফম্মুরে। চাওবা ইরেন থৈদোকই।
মুংশিনৈদা অনিদো। অনি মশৌ উবদা-
"চাওবা থোংলেন অনিনা শিব-নুমিৎ অহুদা
ঐস্থু শিগে।" হায়দুনা মোইবাং নিংথৌ লাই-নিংই॥
খুযোল-লাক্‌পা চোংথোকই। মন্ত্রি থোংলেন মঙোন্দা
রায়ম লোইনা তমখবে—থোংলেন মানা- "খংজরে।
খুযোল-লাক্‌পা হজিল্লো।- অতোন নোংবান কোংয়ানবা।—
ইমান্ ইবুংঙো!-কন্না? চুমই ঐনা হংগংলি।—
মঙা ইমেম্মবুদি, অত্তোন নংদি উবরা?—
হেক-শক্-মক্তি উহৌদে। হুদ-শাব-শাজংতা,
অমি মশক উবদা হংগংপোইরে ঐহাক্না।
মযাম্বগা নঙাওগা হল্লকইবা মাযকৈসি
কবোদা মরৈববা?—মাহু ঐদি খংজদে।—
ঐনা খংজ মখৈদি হায়জরিবা অনি।"
মন্না নোংবান খুম্মকই। মোইবাং নিংথৌ খম্বদা—
"খম্বা ফৈরোইযাম্বা ও! লৌক্লরম্মু লৌক্লফৈ,
অহুমকপু মঙাসি, পুরকপরা মহোযদে?—
ননাই ঐখোই চংচদে, হৈ থিজক্লুই চাইরেন্দা।
তুংইজ্জবনি ঐদি সনা য়াথং ইবাইদা!

ননাই ইত্তাও মতোমদা সগোল লাক্লম্ বদগী,
বাবু থোইনা হায়নদে ইসেন্ ইবাই উবদা,
চেনখি অহুম্ হৌহুনা—হংগৎলম্ ইবসিনি ।—
কৈরোইজাম্বা চুম্বরা ।—অচুম্বনি ইনিংথৌ ।—
হুদি চাইরেন্দা চৎলো, নাইরি নাদে য়েংঙু্রো,
হুগা হেকত্তা রোইরে ॥" হায়নহুনা চৈরাপ্তে
দোলাইপাবা অনিদং চাইরেন তান্না থাখরে ॥
চাওবা অমুক নারোন্দা সগোল তোংবা অনি'মা
চাইরেন তান্না শিরকই । দোলাই পাবৈ মাং-থাপ্রে ।
নাদবদি কৌবনা চাইরেন ওংবী অহুদি,
মোইরাং কৈথেন্ কাগেদি লাকচবদা লামথাংগা
চাওবৈ মনাই খেংনবে । বাহু তল্-হায় হায়নরে ।
থৌবাং পুম্বা তোহৌরে, চাইরেন ওংবী নাখরে ।
অনি অহু হল্লক্লে—দোলাই পাবা অনিবু
উরকপদা লমথাংদা হাইজিন্দুনা লোৎখরে ।
হেন্দোকপ্রগা থৌরক্লে । চাওবা উন্নখরে ।
দোলাই পাবা থুংউরে । "থোইগী ইবেন্মা নারি ।"
হায় পাক হেক চংহনখিদে । দোলাই পাবা চংলকই ।
সুমাং মাংগোন অনিদো মীনা শিক হেক থল্লমই ।
চান্দবা য়াংপা য়াওই তুমিন তুমিন লাংনরি
অনি অহু চংলক্পা খুদি চেল্লে থোংজিন্দা ।
গ্রোং লাওনা তুরুরে । মুপী শিংদো হেক থংই ।
মাইবহুনা মখুৎ হাই । ময়াম অহু থাম্মকই ।
হান্না খুচু শেম্মম্নে । অনাবগী লুখুমদা
থাংমৈ অমা থামজিল্লে । মমতক্ ঙাক্তক তৌবদা,
উচান মচি ঙৌনা তৈ, য়াইঙং খর থরক্সু,
মরৈহুগা তিংথোকলে । থবেৎ থবেৎ হোনবনে,

সোর মতা অতুগা ফিবম অতু উবদা
অনি অহু ওকথরে। ডাহাক ৱারি শাৱরে।
"খম্বা কৈমোইজাম্বু লাক্-অম্বরা" হংজরে।
খংনরবা কৌবনা নাতৈ 'মতা হোখিদে।
"লাকই" হায়না খুম্মক্ অনি অহু খোৱকই।
খোংগান কাম্হোরকপদা ময়াম হৌনা নোকহৌই।
পুথোক্লে হায়রহুনা অনি হুনা চেল্লকপা
কেগে চৈরাপ য়োৎখরে। প্ুথোকহৌরে তম্খরে।
চাওব মবুক্তা নোকই। থোংলেনবনা "অতুদি,
নোংবান লাল্লে তাবিসি হাৎলোইদরা অঙাংসে?"
কনা 'মতা খুমখিদে থোংলেন ৱাহং অসিদা।—
"কম্দৌবনো লাইনিংথৌ?—চুমই!—পোংলেনবা ঐনা,
অঙোম নোংবান হাৎপদা, কনা কন্বা য়েংগেদো।—
তাবিয়ু যুবরাজ! চানা ইমৌ মনাক্তা
চৎতবদি কৈদৌনি। সনা মাংদৈ হৌজখো
চেংজেন কোন্না থিল্লকে, নসেন নবাই চৎখরো।
কুরাক অমন্থু ফাদা—যুব্রাজ ওইব-শাই!
নমোম লোইদা থাবদি ঐদি তাদে কনানো?"
হায়না থোংলেন অথৌবা লোক্চপ, নুংগাই থাদগুম
থাক্ল থাক্ল লাওখরে। চৈরাপ থক্ থক্ নিক্লকই।
ইথুম্ খুমদে হায়গনি অসিগী হুক খন্দুনা
"ইপু পংহায় হায়রেনা।" হায়জরুবু থোংলেন্না—
য়ুম্মন সেগাইবশিং মাইরেন মপান শাৎপগুম,
মমিং উক্ল লৈরকই—"করি যুব্রাজ" হায়বা
থোংলেন স্বোর অমনা য়ৈরুববু যুব্রাজ
তেরা মফোল ওইখরে। চেন্দে হায়বদা ডাইরে।
ময়াম্বুংনা মলাওবু—"উই-দৎ করি।" হায়হুনা

লৈপাক মাংদা চৈহৎখি। থোংলনবদা ম্নেংহুনা—
"ইপু! ইচাগীস্থু কো, নচাগীস্থ অনিগী
দোশা কোক্লবা।—অজ্জা।—ইপু মন্ত্রি নোংবান-সে
হাৎপা য়ারে অসিবু ঐগী হাকৃতক অসিদা
মী হাৎপা হায়বসিদি ঐ তৌহন্নিংদবনে।—
ফরে অজ্জা! য়ৈসিনা?—ফরে ইপু য়ৈরসি।"
হায়না ন্নিংথৌ য়াথংমা নোংবান মাবু য়ৈথরে।
থম্বা চোংসিল্লক্লুনা চরৈ মনম থাংহুনা
মতাও নোংবান কুপ্লুরে। কেগে লৈপাক তিনবদা
খুমল মতাও নিজরে। পেনখরেদা লৈপাক্না,
খুমন মাবু পেম্নখ্রে। "থম্বা নংনা লৈবনা
মোইরাং হায়বা অসিদা মুন্নিং থাদি থোকপনি।"
হায়না লৈপাক শোন্নরে। অঙোম নোংবান পুথখ্রে।
কেগে চৈরাপ লাংদগী লৈপাক চাইথনখরে॥

---

# লোইকাবা

## ১

খুমন লমজা খম্বনা কবো মীরৈপুংহুদা
কোয়রুবগী বাখোকপা বিচার লোইবা মতুংগী
কোরৌ শিংবুম্ মঙানি কোনবা অহিং অহুদা,
বাংগোন নিংখৌ মপাগী খোম্লেন মংলান্ জান-হুদা
মজাই 'বেম্মা থুংঙরে। মপাই মাংদা লেপ্তুনা,—
"ইপাই 'বুংঙো চাক-লামই! পম্মৌ নংগী ইমাগী,
নমোম্ লুক্কম্ খুন্দবা লোইদাম কুইরে; ঙসিদি
পম্মৌ লুক্কম্ খুঙ্গগে।" হায়জররে থোইবীনা॥
চিংখুবনা—"ইবেম্মা! ইচা উদবা কুইরে
লাও চারো।" হায়বহুনা মচাবু চাক-তু পিজৈ।
চাকতু হেক ভোকপমক্তা "পম্মৌ ঐদি চংলগে? -
ইপাই'বেম্মা চৎখিনু।—ঐদি চংতবা য়াদে।"
হায়রে থোইবী য়াদরে। চিংখুবনা মঙ্হুদা
মোং-খোংবগুম কপ্তুনা থোইবী মাবু খাৎবু
মজাইবেম্মা য়াদরে। পম্মৌ হোজং লামথোকখি।
মমায় মখা পাংখরে। চিংখুবনা কৌববু
থোইবী হন্না য়েংখিদে। মচা মশক উখিদ্রে।
যুব্রাজ মিকপ্ থোকই। ফমুংদা ফুক হৌগৎলি॥
যুব্রাজনা থোইবীবু হেক পোকপা সুমিৎতগী
মমোম কাদা সুংশিবা সুমিৎ অহু মঙাইরি।
চিংখু নহা ঙাওখরে। "মমাশিংবু সৈতরা?"
চিংখু খংলাও লাওরকই। "ননাই ঐখোই লৈজৈ"—হায়;
ময়াম চেক্সিন্নখরে। "সনা হকচাং করম্বা?—
"ঐ কবিস্থ ভোদে।" হায়। চিংখুবা বা ঙাংখিদ্রে।

মপু সনা পুক্লিংদা—"ইমোম 'বেম্মা থোইবীবু,
কবো মীরৈপুংতুদা করি ত্তৌররিদনো!
ইচা য়ানিংদববু ঐনা ঙমই হায়ত্তুনা
কবো লোইদা থাবনি। ইমোম্ তরা সুজদে।
ইচাই পাপ ঐহাক্তি মাঙেঙ।" হায়না খনখরে।
মুমিং থা উখিদরে—ইন্দ্রি থক্-খা ওনখরে।
"লৈরাংঙম্মা নৌরবী থাদোই তোম্‌শাংবিবু!
ব্রজগুম্বা দণ্ডিবু পিরে ঐনা ইচাদা!"
সুম্মা মওন মওন্ খন্ চিংখু নহা পাঙ্জুম্বা,—
থরো থরো ওন্দুনা ও-ও খোংনা কপ্‌খরে॥
ময়াম অতু ঙক্লরে, মীয়াম পৈরে য়ানরে।
মাইবী মাইবা চংলক্রে। "ঐ নাদে, ইমোম 'বেম্মা!
নংগী মৈনা চাক্তুনা ইপা লৈবা ঙমদরে।"
হায়রত্তুনা চিংখুবা হাইহৎ-হাইহৎ ভুত্তুনা
নোং-খোংবগুম কপখরে। "ইচাবু সুম-ত্তৌরমই"
হায়না কপ্ন কপ্নদি চিংখুবনা মঙত্তু লী।
মঙগী য়াত্তু তাবদা চিংখু তালোই মখেস্তু
ময়াম হৌনা কপখরে। চিংখুবনা—"তালোই-শা!
ঐ ইত্তোমতা মঙ্‌বরা? নহোয় খ্বাইদি মঙ্‌দরা?
উদবরা ইচাবো?—ননাই 'খোইস্তু ইচা উই,
মুতি লৈখাক্' মান্নদে! ননাই ঐনা উবদি—
কবো লৈপাক ত্তিনবদা ইচাইবেম্মা থোইবীবু,
সজ্জিবু কাংলেন শান্নে।" হায়না এংখুরাংবীনা
কাংবু-মঙ্‌দা উবত্তু চিংখু কাদা লীজরে॥
"গর্ভ ফী য়াঙ্গবদি—থোইবী পোকপী নহাক্নি,
অমম্ শি-গুম্‌বমক্তি থোক্তবোইদো ইচাবু।"
হায়রত্তুনা মপাদো কপ্ন অত্তু ত্তোক্লক্রে॥

"'ঐঙোন' অরাবা উৎলি করিগীনো খংদরে !
তালোই অতৈ নহোয়দি, নপোম মঙ্‌দা উদরা !—
ননাই ঐথোইস্থ উঙ্গে !" হায়না তালোই ময়াম্না
মানা মানা উজবা—মজাইবেম্মা থোইবীনা
কবো মীরৈপুংতুদা শিংজন., ঙাথি, লোয়ানবা,
পুম্নমক্‌ছু লীজরে। কপ্পে স্তুম্না ময়ামদো।
মমৈ থংদা যুবরাজ—"হায় হায় তালোইশা !
ঐ ইচা কৌথংনিঙেঙ, নহোয় করি হায়বগে ?--
করি বানো ইবুংঙো ! গুণ না হেনমনথিনা,
ঙমদবগী তৌবনি। ইচা লৈতভৈদগী
সগোল সমু পুম্নমক লোইনা তিঙ্গং য়াঙ্গংলে,
হৈকোন লৈকোন অপুম্বা তাওজিং মপুং কাদবে।
মোইরাং মঙাল লৈতবে।—চুমই নহোয়না হায়বা,
ইচা ওইবৈ ঐতমা লাইনা য়াংনা খনবনি !--
ইম্রোম্‌ থোইবী মপানা ইচায গুনবু খংঙেদো।"--
হায়না পম্বৌ চিংখুবা অমুক হন্না কপ্লকই ॥
অতৈ সিনা বাবমা মচা ওইবী মৈদগী
থাদোই মাবু চাঙবা ; চিংখু তালোই অতোম্বী
মচা ওইবা মৈহুনে, নহা ওইবী লেংগানি
মমা তোনগা থোইবীগা, হৈরাং শেম্মে শেম্মিন্ন,
লৈমাং শেম্মে শেম্মিন্না. অরাই অরু পুম্বদা
মুজা ওইবী অঙিদি লৌশিং লংজিন পুথোক্না
তিমজবী মচানি। থাদোই লৈতভৈদগী
মমা তোম্‌-দো বাবমা লৈফম খংদরবীনি।
মমা মতা ওইবীনি থাদোই কৌথংননবা
লংজিন অসি উবদা লৈবা ঙমদে তোঙ্গীদো।
মৈনাক নকপা থাওগুম্না-চিংখুবদা হায়রকই--

কৌখংপিরো ঙসিমক নংত্রবদি ঐহাক্তি,
কবো মীরৈপুং ফাওবা কদি খ্বাংদা থাংদুনা
ইচাই নাক্তা চৎলনি।" হায়না চোংনা কপ্লকই।—
"কপ্লে দুদি তাবরা? নাইজহনবা লৈতরা?—
ননাই ঐ লৈ তাকপিসি?—নহান্থু নংনা থিল্লুই,
ইচা লৌখংপিরুরো। ইচা থুংঙত্রিফাওবা
ঐদি চাক চাগ্ররোইদো!—শোইদরবরা?—শোইদ্রে।
হায়নু?—হায়রে।—শোয়গনি?—শোয়রোই।—
শোইযরোইদরা?—
মৈনিং চিৎনা হোরেন্দা সক্ম চাকনি?—শোয়দ্রে।
নহোয পুম্বা অসিনা ঐগী সাথী ওইসনু।"
হায়রম্মগা চিংখুবা—"নংনা ইচাবু লোইদা
থিন্দ থিন্থরুরব্রা? ঐনা শাওবা-কোরুবা,
মক্ম 'মদা লোৎপবা! কবোমক্ চেক যৌগ্রব্রা,
নংনা ইচা কবোদা থিল্লুরব্রা 'চা-পিযু,
হঞ্জবা! ইচা পিযু, ইচা কৈদা থম্মুরে,
ইচা 'বেম্মা থোইবীবু নংনা মাংহন্‌থ্রবরা
ইচা পিযু হঞ্জবা।" হায়দুনা অঙাওবগুম
নাইজহন্‌বৈ মখুৎ পায়, নোংখোংবগুম্না বপুন্না
চিংখুবনা চিংউরে। নাইজহনবা কপ্‌খবে॥
থোইবী হায়বী অদুবু কয়া মুংশিজবনো
মাদুই প্রমান লৈখিদে নাইজহনবা কৌবনা।
পাম্বোইবীগী লাংওন্দো মনং-গন্দা চাওবনি।
চিংখুবনা, মমানা থোইবী মাবু ঙাংবদা
মতু চুংদে থাদোইদো। ইকা অমা লংউবা
ঙম্বা নন্তে থোইবীদা। খোযুম লাইবু থোইরবী,
চোংলেন্‌ লীলেন্‌ খাদগী তম্‌কা য়াইরং চান্‌-ওইবী,

সনা থক্তা থিল্লুবা মনিদগী থোইববী
থোইবী মাবু, হঞ্জবা —বাশা শাজৈ পায়হনা,
তাম্নহনা ফুবদা সনাই নংগন নিংথিবী
মতিং মতিং পোমইদো। মপু নাইজহনবদা
করি 'মতা হায়-ওমদে। চৈকম অহ নান্দুনা
থাদোই মদোম মকপ্ চৈ। অসুক চাল্লি মপুবু।
থোইবী মামা চানবদৈ মপুগীদি থম্বাইনি।
থোইবী উদবদগী নাইজহনবা অহন্দো
চম্বা নামা চাতুনা মল্লুই লাইনিংঙকপনি।
'নম্ব কৌখৎচরুরো' হায়রকপহ ত্তাবদা
যাথংহনা পলেম্ শক্ নাইজহন বা নাবা-ওই,
পলেমহগী মমাংদা হিক্লা হিক্লা কপথরে॥
তৌমন্নিবা অসিদা অতা মথৈ চংলক্এ।
থোইবী কৌখৎলগনি হায়বা তানরকপদা
হবাওনরে মীম্নামদো। হৌহৌ লোইন চোংথরে॥
কেগে মোইরাং খুল্লক্কী শা উচেক অপুম্বমু
পাও অসিবু ত্তাবদা লোইনা চেনসিন্নরক্লে।
হৈপাল্-লৈপাল অপুম্বা লোইনা মনা মুংখৎলে।
তানরক্লে বাফম্ সি। তম্পাকৃম্নম অদোমদা
লোইনা মমায় ওনসিন্নে হবাওনরে মযামদো॥
থাদোই মাগী পাওসিনা অমতবু ওইহনা,
ইন্দ্রি লোইনা ইংমবে নাকোং ইপেন পেম্নরে॥

২

চিংখুবনা "হঞ্জবা! করম মতমদা ইচা
পিগদগে হায়বিমু?—মনাও 'বুংঙো হায়বিমু?

ঐদি হৌজিক্‌মক্‌ পাম্মে ?—খোয়াংইবু হায়হনা
নাত্তোন মাওনা থকপদি কদায়দগী য়াদগে ?—
হয়েং ইমুং ঙানবদা পিয়্‌ হুদি কম্‌দৌই ?—
য়াম্না চুমই সিমকপু মীরৈপাক্লি থাপইদো।
ঙসি চৎপা হয়েংদা থুংবা হংচিং লাকনি
মশেম অদু থুংগনি। অসিমকপু ঐহাক্না
ঙম্বা মখৈ হোৎনগে। খোরি কথেন হাগৎপা
মুমদাংবাইগী মতমদা নজাই 'বেম্মা থুংনবা
পুজয়কে ননাই ঐ।—ফরে ইপু হঞ্জবা।—
তারিবরা মমাশা! মহান ঐনা ইচাবু
কাওরেন য়োম্ফোকপগুম্না থোরী মতং অমগা
থাখিবনি ইচাদো।" হায়রম্মগা চিংখুবা,
"ইচা তাংখিহনুবা লাই।" হায়না লাইদা শাওরকই।
মিংত্তা পিবু ত্তারকই। কপ্ল কপ্ল যুব্রাজ
ধর্ম্মে মপোক ওইরকই। রাখন সুম্না তৌরগা—
"ইচাই ম্রতিক চাজবা পোংচৈ লোইনা হাপথখো—
চাঙাং তৈবা দোলাইম্ম্—সনা ময়ুং মফেল ওই,
ইচাই চরৈ মথেনে। সনা রূপা সাতিনম্‌,
মহাল্‌-লৌহৌবশিংদো লোইনা পুখো। অদুগা
অকন্‌ব ঙাক খন্দুনা নাইজহনবা লোইনখো।"
হায়না খোয়াং তৌহল্লে। নাইজহনবা মুংঙাইরে।
অহন ওইদ হায়বনি নাইজহনবৈ কোকসি-দি
লোংঙাই শাইরোংদগীমম্ হেন্না কনবা কোকসিনি।
নাইজহনবৈ কোকসি-না খৎতুনা হেক্‌ থল্লবা
মনাই ত্তরা ময়িগা অহন সিনা চিংহনা,
নিপা তরা মঙাদো কবো মায়কৈ থোংসানত্রে॥
মুমিৎ হেক হুন্দোকপ-দৈ লাকপসিনা ময়ামদো,

ক্ষীরৈদগী পান্নদং লোথোক্তুনা চাবনা,
মহোয় পোংথাবা ওইখি। মুংঙাইবগা লোইননা,
উনিংবদা তোংহুনা কবো তান্না থৌরকপা,
মুখিং তাগদবহু পুং অনিরোম বাৎপদা,
তন্‌বা তবা মঙাদো কবো খুন্নুদা য়োরে॥
কবো লৈপাক অসিদা 'সংবা তমক্ষা ওইরকই।
নোংচুপ থংবা মায়কৈদে কোয়ৌ সনা মঙান্না
সংবা তমক্ষা থক-তুদা তারকপদো য়েংবদা
মিৎক্ষম হোংবা য়াখিদে কবো লৈপাক নিংথিবা।
নোংপোক থংবা মায়কৈদা লোইবী মানা ঙমপৈ ওই।
চিংগী চিংথোং অহুদা লৌশি পাংনা মিন্সেন ওই।
লোইবী মাগী শকক্ষমদো কেনা য়েংই মিন্সেন্দা।
লৌশি পাংতা থম্বান্না ঙকশম চেপ্পা ঙাইরগা
চিংজাওহুগী খোইমুনা থম্বান পুক্লিং থোগংলি।
অকুৎপদা পাংনা ওই অতোংবদা চিংনা ওই।
নেম্‌নেম হুইথরকপদা তুমু মাবু লেপ্তুনা
ময়ামহুনা য়েংবদি পুক্লিং বাখন পোকহল্লি।
অপাম মুংশি কাইনবা মাগী মৈচাক হেহ্লল্লি
পলেম পম্বৌ কায়নবা মপা মমা নিংশিংই।
মপু ওইবা থবাইগী ঈশ্বরগী চোরোন্দা
ভক্তি লৈবা জীবনা ভক্তি মথোন কারকই।
কবিশিংনা উরগা বীনা পাণি মমাগী
বীনা খোঞ্জেন তারকই। তাইবং মীগী য়েংনবা
খোয়ুম লাইনা লুনমক্ শেম্বিরম্বা লম্‌লম্‌দি
তুমু লৈপাক অহুনি। হৈগী লৈগী পাম্বীদা
হৈরাং লৈরাং শাংলিবা। উচেক খোইমু সংগুগী
য়াবা শৈশক তাবদা ময়াম অহু মূন্‌খরে॥

চিংদা তমদা হৌরিবা পামেন শেয়েম তৌবদা
উগী লৈনা শাৎপনে। মালং খংগোন খোংখাংনা
লিরি লিরি হুন্নকপা চৎত নমু চৎন-উই
সংনা লেংলেং চৎলকই॥ কবো অংগো চিংগী-লৈ,
কবো চকৃপী উথাও-লৈ, লোইবী চৌংয়া কবোক-লৈ,
লবুক্ লৈরি ভোল্-লোংবী, লাপ্প-মনম্ ফব-লৈ,
নাগেশ্বর মনমগা লোইনরবা চিংদগী
হুমথরকপা অহুগা চিংগী তমগী লৈরাংগী
মনম অনি য়েৎনবা ঐনা হেল্লি হায়সনু
ঐনা হেল্লি হায়সনু থোক্করকপা মতাদো
কবোশিংনা য়েংজরি। খুনুদাগী চিংজিন্দা
নিপা তরা মঙাদো চিংজিন খুংবু ওইতুনা
অতুম উংলে লেপথরে। অসিগুম্মা লমদমগী
মুংশিরবা মুংশিংনা নোংমা নোংমা থৌগাই পু,
থাদোই থৌগন তৌজরি॥ থোয়ুম লাইনা তাকতুনা
পাম্বোইবীগী লাংঙোনদো কবো থাদোক্কদৌরে
হায়না লোইনা ভারবোই। "হয়েং ইমুং ঙানবদা
থাদোই লেংখরগনি মপাম লমদম মোইরাংদা।
ঙসি ইমুং মঙাইরে মুরা থৌগল তৌদোবা।"
হায়নতুনা কবোগী হৈরাং লৈরাং লৈবনা
মাগী মাগী মনম্‌দো. হোরেন হয়েং হায়নবা
লৈখিদরে—থাবক্রে। মহৌশা কৌবী কবো,
অয়ে মথৈ শেংথরে। মুখিং অতুই ফীজোন্দো
থাদোই গুণনা ওইরবোই—কবো মাগী শককমদো,
মতুংদমু লাক্-অরোই মাংলম চৎমু থোকখিত্রি।
লুপা তাংগ মথক্তা অশংব মনি তা-গুব
কবো লৈপাক ফজবে মতা অমা ওইপবে॥

মোইরাং তরা মঙাদো—"খোইগী মোইরাং স্নংঙাইতে,
ইশিং থুম্মে পংথুম-থুম, কালেন্দা লৈক্রেক চংলি।
কয়া নিংখিজরিবা! চিং অসি য়েংউনেসে,
পাত্তে থম্বান ময়াম সে, চিংয়া অসে—তম্-অসে।"
স্নম্না থাগৎলরকই। স্নম্না ঙাহাক লৈরগা
সিনা ঙাক্স্ল্ য়ারক্তে, চাক্ লাম্নরক্লবোইরে।
চয়োম থোক্ল' চামরে॥ হঞ্জবমা—"ইনাওশা!
ঐথোই ইথোন তারগা ইবেম্মস্থ স্নংঙাইনি।
য়ুম্ সিদা লৈয়াইবস্থ তশেংনা হেকস্থ খংদে।
ইশৈ শকউ।" হায়রকই। নিপা 'মমা ইশৈদু
কবো কোম্নুং য়েংহুনা মিংতা পি-মক তাহুনা
পুক্লিং ময়োন চোংনদি শকই নুমদাং বাইহুদা।—
"কেগে মোইরাং কোম্নুংদা লৈরাং মংবু শাৎপ-লৈ,
তমপাক য়ুমদা হৌব-লৈ ময়ুম মোইরাং লম্দম্দা
নমান্নবা লৈতবৈ নমান্নবা লৈবদা
সেম্বী পংদা শাৎখিবী, শিঙেন ননম তাদবা
মোইরাং ' খোইদি কুইথরে। মোইরাং ' খোইন বানরে।
খোইগী মপাও পুরকই। পলেম পম্থৌ অনিগী
তাওজিং মপাও য়াওরকই, খোইগী মখোম তানদি
লৈরাং লেংথোকপিরকউ।" অসি হায়না শক্লকই॥
মতম সিমক থোইবীদি তুমু নিংথৌ নাক্ত লৈ।
তুমু মানা—"ইবেম্মা; মঙ্ খুনবদা হৈবিনি,
ইপা মঙ্-'মা মঙ্ইনে খঙতম্গনি ইচাদি?—
পম্থৌ 'বুংঙো খংজদে, অহুমকপ্ তানিংই।—
সিনি মঙ্দো ইবেম্ম'।—ইপাই সম্থোং পাংবদা
পামেল অমা হৌববু উশক খংদে ইপানা,
বাংথ্রে চাওথ্রে, মশাদি অমা ফক্-ফাও লোংঙম্দে

মত্তোনদগী হেন্দেনে মতোম্মা মত্তোন হুদা,
মেলৈ-লৈস্না মুংজুম্-পান কদাম্বা লৈম্নুংশি-নি
লৈদো চরোং 'মা শাৎলি। ইপানা 'লৈ নংবুনে
নিংথি ফজে অসিবু হেক্রুবদি ওম্মোইদো'।
স্নুম্না খল্লি মঙ-হুদা। খংহোৌদনা লৈ অহু
ইবেন তপ্ন-কেল্লকই। ইপা' পায়গে তৌবদা,
মায়কৈ সি-দৈনি হায়রবা খংদে 'হাই, হাই কনানো?
লৈরাং অহু শোকউম্নু মপু লৈবা লৈরাংনি।'
হায়না ইবেন লাওরকই। শাওরহুনা ইপানা,
লৈ অহুদি পাযদরি কোইনা স্নুম্না যেঙিঙৈ,
চৈরকসিদা নিপাদো মোইরাং নোংবান্নি হায়এ
লৈসি লোৌগে ত্তৌবদা কৈজাও অমা লাকতুনা
নোংবান হুবু তাম্নেৱে মথা পাংনা তাম্নখি।
সিগী চৈবক অসিদা, ইমাক অঙাং নোংযাইনি
হায়বোই ত্তৌই নিপাদো লৈহু লোৌরে অহুগা —
মাগী মাওবী পোৎশং থক্ লাবা লুকোই সনাইথোং
কোয়েৎ থক্কা থেংখরে। অহুগা তন্না লাওরমই—
'নহোয় নতিক লৈবরা। লৈরাং অসি ঐগীনি,
খংদ-উদ খংহোৌরো হায়রম্মগা চৎখিদো।
অসাই নোংবান তানখিবা কৈহু অমুক লাকতুনা
নোোংয়াই মাংদা কুল্লরে ত্তোংউ হায়রবা মতা-ওই।
থম্বা কৈহু ত্তোংখৎলি। কৈ অহুনা পুহুনা
নোংয়াই মাবু ময়ুমদা ইবেন, থিঙ্গিল্লরগা
পাম্ব তম্না হনখরে। থাংজিং লাইকোন স্নুংহুদা
পাম্ব মাবু চংশিনখি।—হায় হায়, ইবেম্মা!
ইপাই লৈপাক অসিদি পণ্ডিং লৈত্ত লৈপাক্নি,
ইনোম মঙ্গ্নি করিনো? ঙাঙেত্তাই মচা ইবেম্মা

খোংবী লৈদ তক্তুনা মম্মা খল্লি মঙ্-অদো।
খোয়ুম মানা খংহন্দে মঙ্ অসিগী মরমসে।
"ইপাই 'বুংঙো খংজদ্রে, নচা অপংবিনিনা,
মঙ্গী মরোন অসিবু পম্বো চোরোন্ তাকপিরো!—
ইপাইবেম্মা খনথোদা!—পম্বো নমোম খংদরে।
ঐনা অত্তুক খন্বদা নবাক খুমন লমজাবু
শানা কৈনা পোকপরা?—কদাইদগীনো থোইবী!
ইমোম মংদি খংদ্রবোই?—ইপাই' বুংঙো খংদরে!—
অফবনি ইবেম্মা!—পম্বো ' বুংঙো তাকপিসি,
নমোম এরম তাঙিংঙে?—উদো কবো মোইরাংনি,
লৈরাংত্তুনা মংনিদো। উক্তোন ত্তুনা কবোনি
মউত্তুনা মোইরাংনি। মঙ্গী মতা হায়রদি
লোই কৌথংপা য়াররে। মুরা নংগী লমখাংদা
লাংলৌ অমতংনদি লৈবা থোকই মাত্তুম্
অত্তুনদি চংনরোই। থাংজিং মাগী থৌজান্না
খোংনা চংনা খুমন্দা যোখো হায়বা থোকইদো।—
পম্বো নমোম মুংঙাইরে!—ইমোম থোইবী মুংঙাইজৌ
নপা ঐগী যাথংসে খোয়ুম মানা কুসন্নু।—
ইপাই 'বুংঙো?—ইবেম্মা।—ত্তাহাক্তা চেপ্পিয়ুনা।—
কবিগীনো ইবেম্মা?—মঙ্ অসি মুংঙাইত্রিনে,
অমুক্তগা মঙ্বিখো।—কবি বানো ইবেম্মা,
মাত্তুদি কৈদৈ য়ানি।" মুম্মা হায়নরিঙৈদা
মোংইরাং তরা মঙানা খুমুদাদা শকপদো,
তারে থোইবী মহাক্তা। "হী:—কবিনো পম্বোবু!—
কবিদোরে ইবেম্মা?—থোন্ক্রম্ অসি তাবিয়ু,
ইপাম মোইরাং থোন্-নংত্রা?—হী: মানিম্মা ইবেম্মা।—
ঙাইখো পম্বো তাখিসি।" মুম্মা হায়না তারকই।

মোইরাং নিপা অহুনা অমুক হন্না শক্লকই।
মপা মচা তাখরে। "মানি ইপা ইবুংঙো,
নমোম ঐবু থিবনি অমুক্তা থোকচক্লগে ?—
থোকউ হায়রে তুমুনা॥ লোইবী মাগী তম্‌থবা
কবো কোন্নুং শাবনা পুক্লিং হুন-ওইরিবা
কবো খররাম্‌, খক্‌-তুদা লেংথোরক্‌এ থোইবীনা।
লৈপাক্লা তাবা লৈপল্‌ লৈচিল অহু পায়হুনা
খুমুদা-গী মায়কৈরোম নুরা মিৎয়েং তম্‌মকই।
চাঙাং তৈবা দোলাইনে মাগী পোৎলোই থিবিক্লে
নিপা অমা মঙাগা লৈরিবদো উরক্লে।
অরা মঙা হুনমু সনাই লিক্লাং য়ানবগুম
থাদোই মাবু উজরে।—"ইবেম্মনি মুংশিদা,
মারবোইদা কুচুসে য়াম্না মক্লা উরেদা।"
ঙাংনৈ অরা মঙানা। ইবেম্মমু খংঙকই—
"ইপাই মনাই মাল্লিনা, তৌরকইবা অসিবু
পম্বো মাবু লাকপরা পলেম ওইবী মহাক্লা,
ইম্‌হান শিংলা কনানো।" খম্বরগা থাদোইনা
"ইমা" হায়না কৌরকই মিৎতা পিবু তারকই।
"ঐমক্তা কৌজরগে খংত্রেমাল্লে ঐসিবু।"
খম্বহুনা থাদোইনা তাম্না নায়ৈ খোনগুম্বী
হারি মানবী সোবনা—"খুমুদা-গী চিংজিন্দা,
কায়দোং ওইবা থোইতদা, মারোই চিংগী থোইমা-শা।
থোইগী কুচু য়েংবদা ইপাম মোইরাং থোই-মাল্লি!
ঐদি মোইরাং তম্‌প্যাক-মুম, মাংগোন পুম্রি চাওগোই-মুং
শাৎচবিদি খম্বান-নি! সেম্বী পুংদি ওইবনা
ঐগী ইশক খংত্রেবোই, শিঙেন-থাদোই খম্বান-নি।"
হায়না থোইবী কৌরকই। "মানিনা ইবেম্মনি।"

হায়রক্লুনা ময়ামদো চেল্লিক্লে থোইবীদা ॥
নাইজহন্‌বা মপ্‌না খামেন্‌-চৎপা অতুগা
লমথাং খুৎলৎ য়েৎপনে গুন্‌বু লৈনা উরকপা,
মতৌ অতু উবদা অহানবদা ঙকউরে,
মমৈ খংদা খংজরে। মপু মশক খংলবা
নক্লক্লবা অতুদা—"ইপু ! ইপু চেনগন্নু !
চেনগন্নুনে তুনিনে।" থাদোই তোইরাও লাওরকই।
থাদোই মাস্থ চোঙ্খোরক্লে—নিপা তরা মরিদো
থাদোই মখোং পারক্লুনা কোংয়াং ওইনা তারুরে।
নাইজহনবা মপুদো থাদোই লোক্‌-লৌ কোন্নুনা,
মসু মপু কপ্পরে। ইবেম্মগী ম্না-খুৎনা,
তরা মখি চিংখৎলে। ইবেম্মনা—"ইপু খোই।
বাবিরুমু ঐহাক্কী ইরাইবক্লা থোকপনি।
ঙসি তৌরকইবসিবু করিগীনো ইপু ?
ইমা লাকনি হায়ব্রা ? পোংলোই সিদি ইমাইনি !
করি' নো, ইবেম্মেনি ! ।- করি হায়বা ঐগীদে,
পলেম পঙ্খৌ অনিনা থোইবী ঐগী ইপোৎনি
খিন্নরুরো হায়বরা ?—করি বানো ইবেম্মা !
পাবুং সনা য়াথংনা, হৌজিক লেংখৎলগনি
দোলাই সিদা তোংনবা ইবেম্মগী পুরকই।—
করে,ইপুমুংঙাইয়ে, বা'মতদি হংজগে,-
পঙ্খৌ লিংজেন থাবনি কাবগীদি কারনি;
আদোমদদি য়ুম-কৈগী পাওদি খংনরবরা ?
(ময়াম পুমুংঙক ঙক্লরে—নাইজহনমা হেক খংই)
মাতুগীদি ইপুখোই য়ুম্না তারক খংলক্লে।
পাবুং' মঙদা উরে হায়-খুনা কৌখংলুরো হায়;
মাতুঙগী লাকপনি, ঐথোইগী তুংদা অমুক

ঙাংন লাক্লরিগল্রা !—হুদি ইপু ৱারেকো !
পাপ্ চেন্নবী ইস্লংলাং—ঐ পাক হেক চৎপদিনেঃ
চুম্মোইদমাল্লো ইপু ! পাও অমুক্তং হন্নবিরু !
নোংয়াই নাক্ত য়োবদা য়ারোইদবা নৈরবা,
কাজররোই নস্থদি ! কবো পুংদা অস্থম্মা
শিজরগে। হঞ্জবা !—য়াম্না চুমই ইবেম্মা,
অদুদি করম্ দৌনি !" হায়নৈ ময়াম ৱাখয়ে।
অকনবা অমা য়াওরি—পাওহন্বা তাৱবদি
শোইদে মানা চৎকনি। মামা খল্লে—"মীনম্বা,
হুগী পাপ্তি লৈগনি—কোম্না কোম্না কোক্লগে।"
মানা হায়রে।—"হঞ্জবা। মাহু করি ৱারুবি !
তাৱে ঐনা লোইনবা।—কবি হায়না তাদ-বু।"
থোইবী হুং লৈশিল্লকই—"কপ্পদি মমৈদনি,
ৱাদি হাল্লা ঙাংখ্রে। মতম অদু ইতোমদা
চোরোম থৌগন্ তৌন-লৈ।—'ইচা মদোম পোকপবু
কবো লোইদা থাখয়ে। ঐগী ইবুক অসিদা
য়াম্না মুংঙাইরকতরে' হায়রদুনা ঙাংনবে।—
করম হায়দুনা তাদা ?—সিনি মজা ইবেম্মা।—
'নোংবান হায়বা মহাক্না মীচং চংউবদগী
অমুক য়াম্বা কায়বনি। ইকাইবমস্থ পোকখি
অয়াম্বনি হুনস্থ। ইচাই মশক উত্রিকাও
ঐদি চাকস্থ চায়রোই।' হায়না লুক্তু হাদয়ে
মঙ্দা উরে হায়দুনা কপ্প লৈপাক তাবদি
কাইন থংগী ৱাকম্নি। হায় লোইয়ে ঐ তায়দো।"
হায়না ৱাহু শাদুনা নিপা হুনা তম্মকই।
মজাই বেম্মা থাজয়ে।—"মুংঙাইরেদা তাদবু-

হায়্ সনা কন্নিনো ?—না-য়েক-য়াইবা তাবরা
ঐথোইগীদো ইপ্ু খোই ?—অতে 'মতা খুমহোদে
নিপা হুনা—"ইবেম্মা ! নাবা য়েকপা হায়রুম্ম !
কন্নি হায়না তাদবু ?—ইবেম্মনা অসোমদা
লেংথিডেগী 'বুংঙোদি হকচাং য়াম্না কগংলে।
নহান কাংজে য়াওইনৈ, নৈশাবী মৌ ময়াম্না
পোৎলান হৈরান তৌহ্না"—মগাম অহুম্ম খম্নৈ—
"অরোইবরা ইবোশা মানা হাযরিবসিবো।"
য়াদি খক্ হায়দোক্লদে। মজাইবেম্মনা "ইপ্ু !
শান্দ শান্নবরনে ?—হোয, ইবেম্মা ইপ্ুদি
চৎপ মক্তি চৎলুদে তাবগুম্দি তৌই হোয়।
চংথোক-তোদা 'পুনদি।—হুদি তাদ ঐথোইগি,
নযাম্বরা নবাওরা, কনাম্ম লানবিদবো ?—
লাল্লি লাল্লি ইবেম্মা।—তাদ কনানা লাল্লি ?"
নিপা সিনা সিন্নাইদা—"মাসিদি লুইদা খল্লি।
লকক্ তৌই অহুগা—"হৈ নৈ পান্ননি
ইবুংঙোদা লান্বনি !—তাদ কনানা লাল্লি ?—
ঙাঙৌ লৈকাইরামদগী নৈশাবীনি অনিদো,
ইবেম্মগী মথাদা নিংথিজেদা মোইরাংদো !—
কম্ন লাল্লি অহুদে ?" নিপা হুনা খনবনা—
মরুপ মপাং খিবিক্লা মীরাইবোইরে হায়রনি
খনজহ্না হায়রকই—"পান্না ইল্লি অহুগা
নুরা শিংগী খুৎ-মক্লা নৈরাং অদো চিনবিদো।—
অওইবরনে তাদ ?—মানি ইবেম্মা চিল্লি,
পান্ন অহুম্ম ইল্লি।—য়াম্না মুংঙাইন্নিবোইরে !
সোন্দক শোল্লে থোইবীনা। শাইজহনবনা উয়ে—
"দংমচিন্ খিবাইবুনে য়ৈয় য়াসি।" চাযজনা

নিপা হুবু চৈবিবে। মজাইবেম্মনা খাম্ই।
য়ৈবমক্তি য়ৈদবে। ইবেম্মনা—"তাদ সে,
ইশৈ তৌরমবদি মুংঙাইখবনিদা।" হায়।
"অসাইগীদু ননাইনি বারিম্ম তৌজে।" হায়না
নিপা 'মমা খুমমকই। বসন্তগী প্যাং-বুবা
কোকিল্ মখোল তাবদা লৈবাং পুকচেন ওন্নবী
মোমোন মোমোম নোকচরে। মযাম হুম্ম নোকচরে।
হরাওনরে মুংশিনৈ। মুম্না তৌনা চংখরে।
মারম পুম্বা হায়নরে। মারি মাতাই শানবে।
তুমু নিংথৌ মপানা—"ইচাইবেম্মা কারনি,
কুমৈ তৌনি থৌরাং তৌ" হায়রে। থৌরাং তৌরিঙৈ
মুমিং তাখিগদৌবা মতম অহু নকলে।

৩

নুবা মজা ইবেম্মা, মকোং কনেক হোংখরে।
'ঙাংবা 'তৌবা হৎলবা ফীগে ফীবান অহুনা
খুবোম থকতা তারকপা, মকোং খোংথক ফীবামা
ঙান্ফম্ থারৈ কোয়ন-থা মাহোং চন্দ্রিকা শিংনা
মমৈ থেক্কৎলকপগুম নিংখিজরে শাবান্দো।
সনা খুজি ঙারা-মৈ অহুম অহুম লোন্দুনা
নুবা খুজেং চনখরে। মাইন্ চিংলাই শাব-হাপ,
সনা ওম্রো চিন্নায়না, লিখাও শাবা সনাগী
চোমায় অশি মাহ্য়েৎতা তকুপ্ তয়েং চিন্খরে।
খুমন্, মামা পিখিব। সনাই নাসিকা হায়ে।
কজেং লৈনা কোক-থক্তা অহুই মহুং চন্দুনা
মারোং মত মরি'মা য়েৎতা ওইবা থেংখরে।

তুংগী শম্নাং অহুনা শম্মৈ শম.কোক্ মান্নবা—
মপাম. কোম্বা ই-গুম.ই মা-গা কাইরেন.ই-গুমই ॥
সাইনোন.' তাবা শম্হুনা—লম্নেন কনা হংবকোন.,
সজুং নিংথৌ সদাং লাংমৈ লেম্বগীদি পম্বক্,
পা.নকোই লৌ. শিংগা সিন্দম. লৌদা হৌবদি পামেল,
তলা চক্পী উচান-গী মনা মানবী শম্নাংনি।
মুমাং তাবা শম. হুনা অউপ. লাংগী মত্তানি।
'মুবা নোংদোন. থক্তগী লৈচিন. থক্তা থোকপা থা,
লোইদাম মাবু মাঙবী ইবেম্মগী মায়থোংনা
ঙাল্লে সম্বৎ থাজগুম সেম্বী মীবৈপুং-হুদা ॥
সনা খুদোপ অম-মম খুৎশা খুদিং সিথরে।
থোইদিং মপান. ঙমজবী নুরাই নাত্তোন নাক্চিদা
সনায নাসিকা হাপ্লে। অবাবগী লৈচিন.-স্নু
পম্মৌ পাওদি মালংবা তন্না হুমদোকখিবনা
থাদোই মাগী কুচুদো সনা ফ.দোংবগুম্না
পুম্নং ওইনা লংথরে। হুমাং লিরি কাবনা,
নাত্তোন. নাকচি মায়থোংস্নু, সনা হকচাং পুম্বদো,
সনা কোন্সুম থক্তুদা লুপা কোংকুপ. চাইগুম্নে॥
থোইবী' মশক উবদা কবো ময়াম অহুনা
কৈনো কৈনো হায়নরে মমিৎ মনা কুপ্পরে।
উদা তোংবা চেক্লা-কাও অথেৎপগুম লেংদরে।
থাদোই মাবু য়েংবদা লোইনা পুম্ন.ন মুনথরে,।
চংদিং থোম্বী মহাকস্নু য়াব মথৈ শেৎথরে॥
কবো কুমৈ তৌকমদা পুং-সেন. য়েবা হৌথরে।
মোইম্নাং তরা মঙানা থোইবী' থৌগন. তৌহুনা—
হুর্গা কৌবী লাইহুপী লাইয়াম থৌগল তৌবগুম

পুংসেন ময়েহ্না স্বর্গ নিংখাই গদৌরগুম,
নিল্লম্বদি পুম্বদো নোংয়াই ইচিকু-হুন্ বগুম
লোইনা পুমইং ইংখরে, পুংময়েবা, পেন্মা থোংবা
মুংশা সোর কন্ খিত্রে চপ্ লেপ্তুনা ময়েংনখি ॥
ওসি মুমিৎ অসিদা নাইজহন্ বা মপুনা
লেম্মকপদি থৈখরে—সঙ্গৈবেনা শাৎলুবা
সঙ্গৈ পামেন্-নদৌগুম লুম্ব মংনা ফমখরে।
তুমু মানা থাগৎলি। "কবো কনা লৈবগে—
ইচাই মুর্ত্তি মান্নবা ময়েকপা হৈবা হৌজিকমক
থোগন শিংগা লোইননা যেকউ। ইপাই ইবেম্মা
নিংখিজৈদা ইচাদে!' তুমু মখোম থাগৎলি ॥
থাদোই মুর্ত্তি যেকখরে। কবো মযাম অত্নুা
বোর পিবে থোইবীবু। থোইবী মাস্ম হবাওরে ॥
তুমু নিংথৌ মপানা তুমু লৈপাক মাংত্নুদা—
"ইমোম্ থোইবী নতাসে কৎলবনি ইপানা।
নয়ুম্ মোইরাং লমদমদা পুজখরো, য়েংউসে!
মফী মরোন শেৎচরে।" হায়বিখরে থোইবীদা।
থাদোই সনা নাক্-তুদা চংনিং মাস্মু চংলকুলে ॥
থোইবী মানা—"ইতারোই! নুরা করি মতৌমো !!—
মোইরাং চনু ইতারোই! ঐ ননাই ওইরবনি,
ইতাই নতুং ইল্লগে।—করি যামো ইতারোই!
ইপা তুমু নিংথৌনা পল্লেম মহাবাণীনা,
ঐগা মংগদা পোকই। ঐখোই 'নিমকু মোইরাংদা
লৈথোকলো কনমদৌনি! পলেম পম্থৌ সেবাদি
নুরা! কনা তৌবিনি। ইতা সিদা লৈহৌরো।"
হায়না চংনিং খোম্বীগী খুজেং পায়না চিংশিল্লে।
শিন্নখরে তুমুদা ॥ "নপন্ মোইরাং নিংথৌগী

কবো লোইপোৎ কৎপদি কোন্‌গে ইমোম ইবেম্মা !
ইচাই লোইপোৎ হান্‌গেকো" হায়রে তুমু মপানা
খুদোন পিরে থাদোইগী। লুপা চামা অমম্ভু—
"ইমোম থোইবী মাসিনা নভাই মমন ইপানা
হল্লবনি লৌজরো।" হায়না পিরে অতুস্তু॥
থোইবী য়াদে লৌ হায়বা লৌদ য়াদে হায়তুনা
নমতুনা লুপা পিরে। লুপা য়াথ্নে লৌতুনা
চংনিং মভাই মখুৎতা মচাই 'বেম্মা হাপউরে।
"লৌদ য়াদে" হায়তুনা নম্'না পিরে চংনিংদা॥
তুমু মানা চিংতুনা অতুক য়াম্বা অতুনা
মমা' মচা' কায়ন-গুম—"ঐথোই করম্ লৈহৌনি !
থংন-উম-জরমদা নুরা নংবু ইবেম্মা
ফরম্‌গনি ঐথোইদি।" হায়না ময়াম কপ্‌খরে॥
তুমু নিংথৌ মপানা—"ইমোম্ ইবেম্মা !—পম্বো !—
ইপা রা 'না হায়গেনে ?—ইপাই-বুংঙো তাকপিয়ু !—
মোইরাং থাংজিং লাইমাংদা, ইবুংঙোগা ইচাগা,
জগোই শাই-হায় ইপা-তায়। ইবুংঙোদি য়াওদেদো
ইপাই লাইবক থিবনি। ইপা জগোই য়েংনিংই !—
পম্বো 'বুংঙো শাজগে। থোইবী ঐনা মোইরাংদা
জগোই শাবদা শেংপা কীজেংমকম্ভু মাসিনি।—
ইপাই ইবেম্মা ফরে।" হায়রে তুমু হরাওরে॥
পুং-সেন য়ৈবা হৌথরে বাশী বীনা খোংথরে।
পুংলোন চানা থোইবীনা জগোই অতু হৌরক্লে।
অরা, মুংশি, হরাওবা, অকল, অথৌ, অনৌবা
মওং পুম্বা উৎতুনা পুং-সেন্ বাশী বীণাদা
তোংঙতুনা উৎলকপা ভাবোক ময়াম তাওরকই॥
জগোইতুগী থনিনা থক্-থা তুনা তাথরে॥

স্বর্গে জগোই শাবিনা জগোই শাবা লেপখ্রে।
ভাবোকশিংগা থোকতুনা থোইবী' জগোই য়েংখ্রে।
থাদোই জগোই লোইবদা লাইয়াম লোভা হুক্সিন্নে।
লাইগী জগোই শাবিশিং—ইকাইজরে হায়ত্নুনা
ইন্দ্র মাগী সোভাদা জগোই অমুক শাথিল্লে
ঙসি কৌবা হুমিংতি লাইগী জগোই লেপখরে।
জগোই লোইরে হায়ত্নুনা জীব অমা কাইখিদে
থাদোই মশক য়েংবদা উচেক ফাওবা পাইথোক্লে॥
তুম্ব নিংথৌ মপাদা কবো তরা মঙা 'মা
উল্লে। তমা মঙাবু—"লাইবক কৈদা মহোয়দে।"
থাগৎনরে অতুগা "চংলসিম্বা ঐখোয়ম্ব।"
সুম্মা কয়া ঙাংনথি। লুপা রাইখু সনাম্বু,
মীপোৎ মীপ্যোৎ শেমখরে। কাঅং-লং-মুকি লংগী
চরৈ মথল কয়া 'মা পুম্‌সেম্‌ শেম্বা লোইখরে।
নুমিৎ মমুম চংদৌরে। থোইবী মমা খুরম্মে
তুম্ব মপা খুরমমে। থাদোই মাবু কোন্দুনা
নোংথোংবগুম্‌ কপ্‌খরে। মমা মপা অনিদো,
কবো থরবান্‌-ফাওবা কপ্ন কপ্ন কোন্দুনা
মমোম থোইবী থিল্লকই। ইন্দ্রি পুবা য়াখিদে
মজাইবেম্মা কপখরে। মচাই মতৌ উবদা
তুমু মতৈ মনাওদো ইন্দ্রি মদোম্‌ কাজিন্‌জৈ।
ইলাই লাইনা তৌত্নুনা—"ইমোম থোইবী চংথরো
অহন ওইবা ইপাথোইদি লৈহৌরগে,—নত্তাথোই,
মথোং থর কন্‌বনা থর থাপ্পা থিন্‌সম্বু।"
হায়রহুনা লৈহৌরে। মচা মাংবা শনবীগুম
ঙাওরে মতৈ মনাওদো। থোইবী শানা লৈরম্বা
মচাই কাদা চংহুনা থোইবী থোইবী কৌহুনা
ওরথোইনা কপ্‌খরে। তুমু নিংথৌ মত্তাওনা

চিংখুববু চৈথরে। থোইবী প্রেম্-না ভাওহৌরে।
অঙম অথৌ ময়াম্বা নাইজহন্‌বা মপুবু
ইকাই খুম্ন লোইননা থিল্লি। পাখং লৈশাবী
চংনিং-খোম্বী মতানা চিংলহনা ময়াম্না
মুন্না নাক্তা কোইহনা ময়াম অসি খোরকই।
সৌশি পাৎনা মিংসেন ওই, কবো ভমপাক ভাম্নিবা,
নেম্লেম নেম্লেম তারকপা নোংপোক মায়কৈ ভমখৈদা
লোইবী পনগুম লেপ্‌ইবা। চিংখোং চিংয়া লমদমদা
পুংতক পুংতক কাত্রংচাক পরেং পরেং হৌরিবা
পুমশং শংনা উবনে। কবো সোবোক অহনা
ভৌরোক ভৌনা খোইখোইনা চিংয়াহদা থেকইবা।
হুপচিং লমদম কয়ানা চিকপক্ চিকপক উরিবা।
তুথুপ কোনজিন নাইহনা লম্‌দম্ মচেৎ কয়ানা
হানৌ লেংলেং চৎলিবা। কাওরেন শনগী শল্লুপ্না
মপৈ মপৈ লৈরিব। চিংগী চিংমাই খুদিংদা
চিংখ্রাও লৈনা ভৌরিবা, কুবাও মশান ভাংন-শাং;
নোংচুপ থংবা চিংদোন্দা দিন-মনি কৌরবা
ভান্‌থোইরবা মনিনা সংবাম্নবা ফীজংখা,
চিংগী খুদা থক তুদা, অয়াকপা মঙান থাদোক;
মেংন-নৌনা ভাল্লকপা। চিংয়া কোয়বা খংগোনবা
মালং মেম্‌নেম চৎলকপা। কবো মীয়াম অহুগী
অভাং, অঙৌ, অশংবা, কালেন ফীদি অপাবা,
মুংশিৎতুনা য়ৈরকপা, চরৈ শিংগী মবুকপু
মালং মানা থুগাইবা কায়নরকপা হকচাংগী!—
কুবাক পাইবা মাল্লকপা। নুরা পাখং খিবিক্লে
মীগী মথম্ কম্নানে—মুমদাং রাইরম অসিদা
কবো সোরোক অসিনা ফজখিবা নিংখিবা।—

মন্দাকিণী ইশিংগা য়োকচরবী স্বর্গগী
নন্দোন কানোন্ লৈকোল্লা লৈচু লৈখল কয়ানা
শাৎচবদো কাম্রে, য়েংনবদা চমখরে।
কবো খুমুদা চিংজিন কবো মাগী মায়কৈনা
স্বর্গ লৈকোন হেন্নখরে। কবো মীয়াম অহুনা
ইবেম্মবু য়োমহুনা কবো খুমুদা চিংজিন্
অসি কাওবা থিল্লক্নে॥ ইবেম্মগী মায়থোংদো
কোরৌ মশক ওইবিরে—কবো খম্বান ওইবদা
লৈশিল্লকই হায়রকই।—কবো চমু ইভারোই,
থোইনৌ মুংশি চান্নবী মরুপ সোভা পুম্নমক !
ইচিনসিনা হায়নিংদে—লোইনরগা নথোইবু
ইপাম মোইরাং য়োফাওবা চংলবদি পেনগনি,
লম্দম্ থাপ্লে হনবদা বারগনি হন্নবিয়ো।
লাইবক থিবি থোইবীদি চংচরগে মরুপ-শা!"
হায়রম্নগা ইবেম্মা—অমুক শাৎপা খম্বান্দা
ইমুং লাইজ চোৎপগুম পিগী ভয়ং হোরকই।
কবো মীয়াম পুম্নদো-মুম্না মায়থোং উবদা
ভাংভোই মপাও তাবদা চিংগী চেক্লা চাগুম্না
খুমুদা চিংজিনহুদা পুম্নিন নিম্না কবোনা
থোইবী য়েংনা কপ্খরে॥ চংনিং থোম্বী মতানা—
থাদোই চোরোন কোম্নুনা—"ইমা শকপী ইভারোই,
লেংগ্রনিকো নহাকপো।" হায়রহুনা কপ্থিবা
মতৌ য়েংবা ওমখিদ্রে। মথা তাব মথৌদা
মম। মচেম কাম্নবা, লেংমান্নবী মথৈনাং
চংনিং মানা বাবগা চপমান্ননা বানরে।
কবো ময়াম লৈহোরে। কবো ভরা মঙানে
মোইরাং ভরা মঙানে, মুখিং ময়ুম চংগ্রিভে

মজাই 'বেম্মা কাররক্লে। নুরা শকপু উরিবা
লম্দম্ অহু কাওবহু ময়াম অহু যেংহৌই।
উরক্ত্রবা মতমদা—থুংতা পারবা মশিংবু,
নাদা চিনবা লৈরাংবু মাংখিবগুম কল্লকই—
ময়াম অহু হলহৌই কপখি থোইবী মাই-দমক॥
লেম্ব লবুক খুজাই-রৌ, লৈভাং লমদোং লম্লুংশি,
ইরুম্ তুরেন ককচিং পজাও অযাওং লমজাউ হৈরোক
সেংখোংপাৎ-খুল্লাম ভামু-হাই, য়েংওই মাতৈমরে॥
মাভুক থয়াইরোক থয়াই পাক্ষেস লোক-মাভুক যেংতা,—
মমায মখা পাংহনা রুং-হিদেন্ খোইবী লানথ্রে।
মমায় নোংচুপ ওল্লক্লে। চোম্লাং পোকপী য়োথরে।
মমায মখা ওনখরে—খাদোই ভান্বা চিং য়োরে।
কেগাম শাবি থুংখরে। লাই মনাই যেংওইনরে,
চেংবোম মথুম য়োথরে। খৈরোই চিংজেং লানখরে।
খান্-পোকপী এংলোইনবে। মুরান চিংজেং যোথরে।
মহাদেব লোকচাও-লালে, লিক্লা পোকপী যোরে।
ফান্দু লোকচাও য়োরক্লে; থাদোই ভাহাক পোথারে।
মুইখোং ময়াম চংহনা ইবেম্মবু পোংলাল্লে।
বোর পিনৈ 'বেম্মনা। অমুক তম্না লেঙক্লে
মাইখোং কৈথেন য়োথরে। খা থোংজাও যেৎ-লোইনরে
মৈনম্বা-খোং, মৈচাকপী খোং থোইবী তম্না লাল্লে।
মাপোকপী লমদম চংলে লাইকন্ পোকপী য়োথরে॥
উমুং তোমজাও পোকপীদৈ তোংলেম্বা লৌকোক য়োরে।
মায নোংচুপ ওল্লক্তনা মরাম্বা খোং লাল্লক্লে।
লোলোই মহাদেবগী চিংউ লম্দম্ যোজরে,
থুরল্লমই খোইবী, লময়েং চিং অমুক যোথরে।
মোন্দুম মুমাং থাংজ কোনিং, হৈবোংখা চংতুনা,

মুংপাক থাবী ময়োরক্লে । লমদম খর চৎলগা
মোয়ু শোই চিংজিন যৌরে। কেগে খাংবন্ চৎখবে,
পুকশ্রি পোকপী ৱান্দংমু মকাইকম্, পুকশ্রি পোকপী-চৎ
শরিক চিংগোন লান্দুমা তোকপা-যেন্কৈ-চিং যৌরে ॥
হাপ্চা য়েংওইনৈ থোইবী অঙোম্, খোং লান্দুনদি
পুম্লেন্ যেৎওই-নাতৈনৈ 'ভৌবা-তোরা লুতুরম্
যৌরে । লোক্তুবী হিযাং তেক্ হিতুম যেৎ-ওইনরে ।
হৈমু খোংমুং চৎলক্ই। থোইবী খর চৎলগা--
মপু নম্ই-পুনম্ চিং—ইথাই চিংজিন যৌখরে ॥
সজি খোংগ্রায় লৌহৈবী সজি মানা ইতাক্-লম্,
ফৌওইবীনা ইবাল্-লম্, কোংগ্রেংনদি হি ওইরম্,
কৌথ্রাংগোম্না নৌ-ওই-বম, নাওসেক্লদি ইকোন-কম,
খম্বাংচারা ই-চিং লম, লম্লেল ইথাই লাল্লক্লে ॥
লমদম খব চৎলগা ৱাগা লা-গা থারম্বা,
নুবা মাগী মমুংশি ক্ষেব-পুংখোং যৌখরে ।
লমদম অসি যৌবদা—"ইপা মনাই ইপুখোই
ঙাহাক পোৎথাখিসিবা ।" হাযজবকই থোইবীনা।
মুংশিয়েদা মযাম্না-"ৱারবোইকো ইবেম্মা !
থাসি থাসি।" হায়তুনা লমদম পুংখোং অতুদা
পোৎথানরে মম্বামদো । লমদম পুক্লিং হুবক্লে ॥
ৱামু ৱাপুং ফারম্মে লামু লাপুং ফাবম্মে ।
লাগা ৱাগা উবদা থাদোই পুক্লিং নৌরকই ।
ৱাপুং লাপুং অনিনা লোইকুমজৈদা শরুবা,
ৱাশক ৱাহু নিংশিংলে । 'তুনা মম্ভ ওইরকই ।
অপান্বগীদমক্তা, মুংশি মমুং-লাংগীদি
মুরা লাইথুং ওইরুবা অৱাবহু কোল্লক্লে ।
ইরুবঙম শেংলকই । ক্ষেব পুংগী পুংখোংদা

পুক্লিং লাইনা লাইখোয়ে ॥ ভাহাক পোৎথারুরগা
মায়কৈ খুদিং থোইবীনা মায়খোং থাজ লৈহনা
কোয়না কোয়না য়েংলকই। মপাই মমাই মপূদা
"ইপু ! মাসি য়াংমুনি ! মথাবোমদৈ অসিনা
সুগুমু ওইরমাল্লে। নোংচুপ লোমদৈ অসিনা
হাওভক্নিমে ইপুকো ! মহান কবো চৎপদা
উরমদেদো ; ভসিদি খম্না খম্বান ময়ামসে,
কম্না নিংথি' শাংলবা !" মপা শকপা মপুদি
নাইজহনবা কৌবনা মসুই মবুক হরাওবা
উজবদা হরাওই। "চুমই থোইবী নহান্দি
ইপুখোইসু যেংউদে।" সুম্না য়ারি শানজৈ ॥
অরাংলোমদা যেংবদা কৈবুল লমজাও অচিকপা।
পুমপাক পাক্ল পুমসং-সং, থমচেং মমায় শারিবা,
মালং ইপোম হৌবনা সংনা লেং লেং চৎপদো
থাদোই মানা উরক্লে। লমজাও অসি উবদা—
"ইপু কৈবুল লমজাওসে ! থাংগচিংসু উরেনে !
'থোইনা শন কাবা চৎপা, হৈস্নাম মমাং, উচিরা,
লোইনা উরেদো ইপু ! যেংউ ইপু মুংশিদা !—
উয়ে 'বেম্মা মুংশিদা।" খুমই ভাংনৈ অসুম্না ॥
কোরৌ মৈশা থাংউবা ভামু খারা চাশিংনা
কুমগী ইনৌ ভাবদা হুপ্পৌ লেংলেং চৎপদা,
চেক্লা চাকভাজবগুম থাদোই পুক্লিং চেক্লানা
লমদম কোয়না য়েংলকই। মমৈ থংদা থোইবীনা
মোইরাং লোমদা যেংলক্লে।—"ইপু মায়কৈ অপুম্বা
ইউ উইনে যেংউদো, ফৈনা নোংপোক চিংখৈদা
উরিবসি করিনো ?—নপা তুমু নিংথৌগী
মাস্তক চংনিমে থোইবী।—হীঃ ! মুংশিদকো ইপু !

সিদনিকো ইপুনে লৈরুবদো ।” হায়রকই ।
মায়থোং অমুক লৈরক্পা নোংচুপলোমদা থোইবীনা
মোইরাং লম্দম্ উখিদ্রে খংই নকই হায়রদি,
হাওসুরাকপা খৌদেম-চিং, খোংজাই ওম্বা চিং-হুনে,
কৈবুন চিংনে, শঞ্জেন-চিং চিংয়াম সিনা খনখরে ।।
নিংঙোন ওইনা পোকপনা মপাম লমদম হায়রবু
উনিংবদি, মুংশিবা লেপ্লে ঙানা লাইকবু
মিংজবগুম নিংবমি । অসিদসু নত্তেদো
থোইবী মাগী কাদদি ; অপাম লমদম হায়রসে
চেক্লা ওইবী মখোইগী পোম্বী তুংনজফম্নি ।
লমদম অনি সুপ্লবা অপাম্-মপাম লমদম্,
চিংনা খনখিবসিদা খললুরিবা চিংহুবু,
থাদোই নিন্দা তৌরকই, ইবেম্মনা চৈরকই -
“ইপাম লমদম য়েংবদি চিং মখোইনা খনবিরে ।
খোংজাই ওম্বা চিংনিদি হায়ররোইদো ঐহাক্না,
থোইবী কৌবি ঐসিগী মিৎয়েং সন্যা নাওখন-চিং
মিংঙোম বৈরি চিংনিদি—হায়রগেকো নখোইবু ।”
মুংঙাইশিদে থোইবীনা ।। নোংচুপ পাংনা য়েংবদা—
উরে—সন্দোং-মুরিবা-য়াঙম-থেন-উয়ুং তোমজাও ॥
অপাম্বনা য়োম্বনা নুংশি মৈনা কাবদি,
উরু উরু খুদিংদা মাগী মৈদা মহেল্লি ।
লমদম ইচিক হুনবদা মায়কৈ অসি য়েংহুনা
অচিকপদি লোক্তগী তাম্না নায়ে থোন-গুম্না,
মুরা শৈশক তম্মকই—“পোক্লেন পোকপগী লমদম
মুরিবদা হৌরিবা, উয়ুং পাম্বী মখোইসু
পামেন মাপুং কারম্মে। নংনা নাপুং কাবগুম,—
অপাম কাদা থুংজগে লাইর-শংদা য়োজগে !—

ঐ-লাকই হায়বসিবু পাম্মু মাবু খংইভ্রা,
মাঙ্গ মও ক্বাওনরিভ্রা ?" অসি হায়রুবদগী
মায়থোং লৈশিল্লকপদা—থাদোই মানা কায়কপা
লম্বী মতুং ইনহুনা কাক অনিথক পাইখৎলকই।
থোইবী ক্বাকতু উবদা—"হেমপাৎ 'মুবা অমুবী·
চেক্লা নহোয় অনিবু মাল্লি সেম্বী পুংদগী।
লমদম কৈদা পাইরিবা ? পোম্বী নখোই অনিদি
য়েংকা ওইগা কায়নদে, হেম্পাৎ য়াইফরিবিনি।
ঐদি মোংদম থিরেদো হথং মাগা কায়নরে।
ইপাম লমদম ঘোদোবা থোংথাং মাল্লি মহোম্বদি
ইপাও 'নতা চেঙ্গগে—হাদা চেক্লা পাওহন্‌চেক্‌ !
ভাইবিখোবা ভাহাক্তা॥" হায়না থোইবী কৌরক্লে।
পোম্বী মতৈ মনাওদো থোইবী য়াৱা তাবদা
চেক্লা ময়াম ওন্সিল্লে লৈনা লৈন। পাইহুনা
থাদোই মপাও ভাইরকই। -ইবেম্মানা—"ইতারোই !
চেক্লা ওইদা থংইবী ! মুপী ঐগী মৈসিদি,
মুজা নংদনা থংই, মোয়্‌ নসেন ওইবনা।
চেক্লা সাগন পান্‌বনা নংনা নশিং তৌইদো !
খুমন লাইর সংহুদা চংবিরম্মু ইতারোই !
'নরনাই-নমেম-মচা কবো মীচাক চাবিদো
কারকহৌরে হায়রম্মু ! নুমদাংবাইদা ইমামগী
লাইর-খরাই থোংজিন্দা ভাইবিরম্মু হায়হুনা।"
মুম্না শৈথারহুনা থোইবী পাওহু চেল্লকই।
থোইবী মপাও মেনবহু হেক লোইবদা ক্বাক-শিংদো
চেংগৈ পাংনা পাইখরে। ক্বাকী মতৌ উবদা
মপাই মনাই, কবোশিং ময়াম অহু ঙক্লরে।
খোয়্‌ম লাইনি হায়নজে থাদোই লাংওন্‌ ফবিবু॥

কাক্ অনিমা পাইখিবা চেংগে পম্লোন য়োৎখরে।
খুমন পোলাংথোক-তুনা পাওহন, চেকশিং তোংউরে।
নোইন নোইনা খোংউরে। খুমন্ চম্বু অরেম্বী
নোংমাই চম্বু পোঙ্গেম্বী লাইরবীদি খম্বদো
লাইর খেঞ্জং লাংহ্নদা মোইথাপ্ নাইনা-লৈরমই।
মচন মপোক কবীগী, থাদোই নিংশিংউদুনা,
খোনদি খম্ব্ খোক্তানা পিগী মতুম মতুম্ব্
তারহুনা কপ্লমই। কাক্কী মখোম তাবদা
য়েংথোরকই খম্বদো। মওন মওন খল্লকই।
"লোইবী পাওহন্ চেক্-ওদা করি পাওনো নহোয়বো ?
মুরা ইচন্ ইবেম্মা থাদোই মাগী মপাওরা ?
চেক্লা নরোন্দি খংদা তোনখ্রেদকো ঐহাক্কে !—
শাক্তো য়েংঙো থোরকউ, ঙসি কাকখোং অসিবু,
লৈখাকদি মাম্নদে।" মহু নিংথৌ কৌথোকই।
নোংমাই মানা—"ইচেক্লম ! ঙসিগী কাক অনিসে
ঐখোই' মোইরাংগী মান্দে। করি পাও ওইরিদনো,
চেক্লা মবোম ইরোন্দি খংদবা কৌনিনা !
কবোগী কাক মাল্লিদো, কবোগী পাও ওইরবদি,
হে পাওহন্-চেক অনিমক্ ; লোইবী খুদম্ পিবিরো !
শিব-নাবা কবোগী পাওনি হায়বিরবদি
কাইনহুনা পাইথোকনৌ। কৌখৎপা চৎপ্রে হায়বা
তাবদি সিম্বু তারে। নাদ-য়েক্ত ওইরবা,
খুমন্ লাইরশংসিদা থুংলগদৌ লৈরবা !
হে চেক্লা, নখোই অনি পোম্বী চাকইম্নবিয়্ ॥"
হায়রে খুমন মেঞ্জরে। খম্বে মপাও তাবদা
উচেক অনি চাকইম্নে। মচিন মৌপা অনিদো
কাক্কী মক্তো উবদা হরাওজবা লোম্খরে ॥

৪

চিংখুবনা—"ঙরাংদি মচা কৌব চৎহনখ্রে,
ঙসি নুমদাংবাই থুংবা ইচা মশক উরনি।"
হায়বা মবুক অসিনা কোকখ্রে মাগী অবাবা।
"ইচা থোইবী লাক্লগা কমদৌবা" হায়বা সিগী
মওন মথল খল্লক্লে। তালোই মখৈ কৌসিনখ্রে।
যুবরাজ সংগাইদে। থোংবী থোংনাও য়ৈসিনখ্রে
মনাই মশন তাহল্লে। যুব্রাজনা—"তালোইশা!
ইচাসিবু ঐখোইগী য়ুম্দা হৌহল্লনুসি"
তালোইশিংনা—"চুমইদো—নহান লোইদা থাখিবা,
লাইর-শংদই থাবনি। ঙসি সিনু অত্নুঙাই
থুংজখিসনু 'সোমদা। ঐখোই কোম্না উন্নসি।"
হায়রে হরাও হরাওনা। স্বর্গ পাতাল্ কাম্নরে,
যুব্রাজনা শাওবনা নাকন্দগী থাং সৎলে।
মমা মখৈনা অমা মপানা অমরোমদা,
অসিগী য়েৎনরকপা মতম কুইশিল্লক্লে।
মমৈ থংদা মমাশিং তালোই মাপল মাম্নখ্রে।
যুবরাজ চোবোন্দা "ঐখোই ননাই মাপন্নি,
থোইবী থুংঙক্রিভৈদা 'খোইবু হান্না হাৎপিরো।
ইমোম থোইবী কৌবিবু খুমন য়ুম্দা থুংহনবা,
নংত্রবদি য়াররোই।" হায়না চপ্তি মাম্নখ্রে।
শিব নাবা কিখিন্দ্রে। ময়াম অত্নু কপ্খরে॥
য়াররোইদো উবদা যুবরাজ তপথরে।—
"ফরে তুদি বা হায়গে—ইবুধৌ থাংজিং পন্না,
নোংবান্দা পিগে হায়না বাশকথরে অত্নুনা
ঐগী বাশক কোক্লবা য়ারো ঐগী বা অসি ;

ইমোম থোইবী হায়বীসে লৌশিং চাওবী ইচানি।
মানা থোকপা ভৌসনু। থাংজিং মাগী কৃপানি।
কুম্বী তেরা খা-ফাওবা ওকহল্লসি নোংবানবু।"
হায়বে সোমদা লৈথরে। তালোই ময়াম অহুনা—
"মপু নংগী ননিংনি ভৌনিংবদা ভৌবিয়্,
অসুম্নদি ওইবদা হোয় হায়বদি ভমজরোই।"
হায়না ময়াম য়াখিদে। থোইবী পোকপা মমাদি
বানা ভাইরি মচাবু থোদো অসি উবদা
লৈবা ভমদে ভাওখরে। চিংখুববু য়েংহুনা—
"লাও! ইবুংঙো নচাগী গুণ-দি নংদি খংব্রবোই।—
করি গুণ-নো?—য়েংউসি, নচাদি লাইনি।" হায়না
তালোই মানা চিংহুনা লৈকোল লোমদা থোরক্লে।
ময়াম অহু য়েংলকই। এংখুরাংবী মমানা—
"ইচা পোকপা সুমিৎতা; য়েংউ যাতি পান্বীসে,
হরাওহুনা মপূনা 'ইচাই মরুপ ওইজোকো
শাংলু' হায়না থাবনি। হৌম্নিস্ কামিন্নরকঙ্গী,
মপুং ফানা শাৎপনি। ইচা' চৎলম্‌দাই হুদা
লৈরাং শিংগী মখোংদা কপ্লমইদো চংহুনা।
অসুক য়াম্বা লৈরাংরে ভরাং ফাওবা খুইরুরে।
মানা চৎখি মতমদা পোম্বা পোয় লৈরুরে
লোইদাম থাবুম অহুন্নি। ইচাই-মখুৎ অহুনা
সজিক হুন্‌খিদবদই শা শন্ পুন্নমক অসি
লোইনা ময়াং কংইবা—উদববা ইবুংঙো?—
য়াম্না চুমই ইবেম্মা—!—য়েংউ য়েংউ ইবুংঙো!
লৈবাং মানা তেকথংলে! থাবুম অহুম্ চুপ্পবু
চেক্লা অমা ফাওববু পাইরব্রবা অহুবু,
ভসি কৌবা অসিদি কয়া নিংথিজরবা!

লৈরাং লোইনা শাংলক্লে, চেক্লা শিংনা খোঙওরে।"
হায়না ময়াম য়েংবরি। মতম অসি মক্তদা
শগোন, শন্ অপুম্বদো খেক্লকই খোংনরকই,
ময়াম অসি তানরে। উনা বানা অপুম্বা
হরাওনবা উরক্লে। চিংখুবনা—"ভালোইশা!
খঙেঙ উরে সিমকপু—থোকপা মরাই তৌজনি।"
হায়না লৈখি চিংখুবা। "ঐনা ঙম্বা শক্তিদি
তৌগে সৈত লেপ্পবা।" খনখিহুনা মবুক্তা
নোংবান কৌরু হায়হুনা মনাই অনি থাখরে॥
এংখুরাংবী মচেম্না মনাও নিপান কৌসিনখ্রে।
বাতানখ্রে চাকশংদা। "খুমন য়ুমদা য়োদোবা
চোংথোরকউ কনানো?" হায়নবদা তোম্বীনা—
"ঐ চংকে" চোংথোকখরে। এংখুরাংবী মচেম্না—
"ফরে তুদি অতোম্বী! 'থোইবী লোইদই কৌখংখ্রে,
কুম্বী তাম নোংবান্বু থাদখরে, অদুগা
মুরা ইচা ইবেম্মা লম্খাংদগী ক্বাহুনা
অঙোম মাইদা, পুসিনখো।' হায়না শিন্নখ্রে হায়ু।
ঐখোই মাপন্দি য়াদে,—ঐখোই মাপন্গী ইরল,
ইবেম্মা-মহারাণী তরা মভাগী মরল,
ঙকতা খুংতা শিরিবা সনা মনি মানিকসু,
শেংলি চারি অপুম্বা, ফীজেৎ ক্বাওবা খাকপ্ররোই,
ইপামদগী পুবকপা, নিংথেম য়ুমগী ওইবসু,
খুমল মাগী অরৈবা, মপা যোংলেন, নোংথোনবা,
পুন্নমক্কী মরমসু, অসিদগী হেন্দুনা,
মোইরাং য়ুমথোং খুদিংদৈ নীনি হায়ুকো তোম্বী!
বানাগনি হায়ুকো। সমু খোংগী লমন্দো
শিংপ্রবরা হংউকো। শিংলম্দবা থোক-অসি,

ঙসিমক্ লোয়্ হায় অঙোম নোংবান হায়বদো।
ত্থগা নুরা ইচা' পুসিল্লু, হায়্ ময়ুমদা।"
হায়রু হায়না তোম্বীবু খুমন মায়দা থারক্লে,
মোংবান খুংঙত্রিভৈদা নারোম্বা মচেম্ শিংনা।
নোংবান পাঙ ফংলত্থনা যুব্রাজগা উন্নরে।
যুব্রাজনা—"কোংয়ানবা! হোরেন ইমোম থোইবীনা
অঙোম নখুবাক্তগী নাম্থোক্তুনা চৎখ্রবা,
মাতু'মা ঐ খংদরে। নংবু কনাস্থু য়াদে।
নংনা সিদা লাকপসি ফাওবা নুপী ময়ামসে
উহনগন্থু।" হায়বিরে। নোংবান ময়ুম কুমথরে॥
'সোমদা খুমন ময়ুমদা তোম্বী থুংউত্রিভৈদা
মচিন মোপ্‌া অনিদো-লিনরমই মঙ্-অমা।
বারোন পুম্বা হায়নবে। তোম্বী ভমা হনথরে॥
বাসি মচেম তাহৌদে॥—"ইচে ইপাগী লোংঙা
চৈ অমা লৈ হায়বদায়?"—হঙেভ খম্বা মচেমদা।
মচেম খম্বু কৌবিনা—"করিগীনো ইবুংঙো?—
ইচে নোংবান লান্দাগে।—হী করিগী ইবুংঙো?"
হংলকপদা মচেনা লোইনা তম্মে বা-ফম্সি॥
খম্বা মচেম্না থামখ্রে। "চেংহি শম্বাল লাংথোকউ
লৌশিং চাওবী ইচম্নি। খুমন কৈস্থু বারুম্থু,
নোংবাম মাগী শক্তিনা ইচল' বেন্মা ফাবদি
মঙ্দা থোক-ওইদবনি য়েংউ নাম্থোরকনি।
সিবু মশোইববদি ইচেম্ নৈরোই মোইরাংদা॥
অঙোম উর' সুংঙাইরোই।" হায়না খম্বা থামখরে।
খুমন চম্বু মচেম্না পম্থো যাত্রা মখোংদা
থমই থাংমৈ অমতং নিংথিজনা থান্দুনা॥
অসোমদনা নোংবান্না চাবা থকপা লোইখরে

মাগী তালোইশিংহুদা—"মুপী নখোইদি চৎলো,
মজাইবেম্মা লাকঅনি। মজাই' বেম্মা লাক্অনি।
ঐনা লোই ওকউরনি 'হুমক পুৱল্লগনি।
নহোই খ্বাইগা লেংবা মতিক চাব নত্তেদো।
অহুগা 'থোইবু কম্মা—লৈসিল্লুৱে হাযৱগা,
মথা থংবা সংগোইদা নহোয পুম্বা হোংদোকউ।
খ্বাইবম শেংদোক থোংতোকউ তানান্ তানান্ তৌদৌনি।
ঐখোই অনিনা হোবেন চংলকপদা নহোযনা
ঐথোইগী মঙ্গোন তৌনি; ঐঙোম্দনা সনা খ্বা,
ইবেম্মদা ইমা কৌ। কাওবুৱোইনা—কাওনি।"
হায়বে মুপি ময়ামদো হৱাওবনা খৈথৱে;
অপোম্বদা খুহুম থাবগুম্মা ইংজৱে।
নোংবান শাজোন লোইখৱে, পে নাপু খংগৎথৱে।
নোংবান তালোই শিংহুনা মৈদা নেৎনা সেবা তৌ,
লাংেগাই কাক তোংথৱে। তৌব ঙম্বা নিপাদো,
পেজাও নারেক খাহুদা সোৱাৱেনগুম লেমহুনা
কুমথখৱে কুম্বিদা লৈসোক্পুংদা থুংখৱে॥
নোংবান্না—"সৌবা ইবো, অসিৱাইদা ঙাইৱসি!—
ফবে।—সৌবা ফীদাদা ফজননে থদ্দৌনি।"
হাযৱে, ফীদা থারক্লে। ফীদা অহু খৱ কুই।
নোংবান্না—"কুহনগনু।—যাদে ইবুংঙো।—হুবু
খৱ মহোৎনসিদ্দা।" হাযৱে ফজহন্নিংই।
নোংবান মানা তৌখিবা থুমোক মতা অহুমক্
চিং কিম্বুগদৌখৱে। কেখিবনা নোংবান্দো
কোথ-কোথ ঙাংবনা চিম্বান মথা থংবদো
নেৎকদৌৱে মখোংনা। নোংবান্না তৌবা ৱাগ.
মামা মুংঙাইখ্বিবদি স্বর্গ-পাতান্ ক্বাওৱক্লে।

"থোইবী মানা পোকচবা নোংবান ঐগী ইচানা
অঙোম নিংথৌ মশুনা অঙোম নিংথৌ ওইরবা,
থোইবী নোংবান অনিনা অহন মতম ওইরকপা,
ইচা নিপামা পোকপা ইস্নুতুনা ঐখোইবু
সম্‌তুনা তুক পুরবা।" অসি কাওবা খনখরে।
খন্‌বগী খম্বা লৈত্রে॥ নুম্না মচা ইবেম্মা,
নহান কুমখিবদদি' বাবনা পোৎলুম' কা
মোইরাং কবো চৎনবা লম্বী লমশাং অতুগী
লম্‌দম্‌ ময়াম অতুবু হংদে থোইনা য়েংঙমদে।
হান্দক কারকপদদি পুক্রিং অমা ওইতুনা
মথং মথং মপুদা হংই, তাকখি মপুনা।
মতৌ অঙ্গুম্‌ ভৌতুনা খেব-পুংদা লৈরিঙৈ,
নোংবান সগোম কারুনা লৈশোক পুংদা খোংবসে,
থোইবী মানা তারক্লে। সুম্না তা' তানা লাকই।
নোংবান মাগী পে-তুনা তেরাদা ঙারিবা,
থোইবী থাপ্না উরক্লে। নাইজহনবা মপুদা—
"অঙোম নিংথৌবু ইপু! হৈকা চাবা, ঙা কাবা
কুম লাক্লনিকা হায়বা, তাবিবরা ইপুবো?—
ইবেম্মা! ইপু তাদে।" সুম্না হংনৈ লম্বীদা।
সগোনতুনা খেকপদো থোইবী মানা তাবদা—
"লাংগোই অসে ঐদোনা অপাম্‌ মুংশি কায়নবোই,
পাব্রি নমোম শেংনরা।" হায়রতুনা থোইবীনা
সগোন তুবু থাতুনা লমহাং শৈশক থারকই।
মুরা মাগী সোরদো পুখিতুনা সগোনগী
নাকোং চক্র অতুদা হাপিরুবে মুংশিংনা॥
সগোম্না—"নংনা নিংবা থুঙেঙা" হায়না পিনরে
থোইবী মাব বোয়রি। থোইবী মানা লৈরিবা

কোংয়ানববনা ঙাইবিবা অনি লমদম লাপনবা
পুং অনিগী লমদমনি। মাসি নোংবান ঙাইবদা
চহি অমা ওইথবে। মনাইশিংবু তেরাদা
বারহূনা যেংহল্লি। সুন্না নোংবান ঙাইরকই।

৫

নাইজহন্‌বা মপুদা—"ঙসি চন্নাও তযাম্বা
চাকচা হৈজানববু তৌত্রিবরা ? অদুবু
মীনিন্‌ কাদি তাদেদো। পে অমা উরিবসে,
নাপু মনা লেক্‌পনি, ইপু অঙোমগী পেনি।
ঐবু পোকপা ইপানা নমথাক তৌবা তারেদো।
পম্থৌ লিংজেন ফত্তেদা। কবো তরা মঙাগা
হূলহৌবগে ইপুও। নম্বুই ইপাও তম্বিক
ঐদি মোইরাং চৎলবোই। লাইরবদি নম্বুদা
লমথাংদগী হূলহৌরে, ইনমগা লোইননা
লাকও, সেম্বী পুংহূদা, লৈবাসিদ্দি হায়বিয়ু।"
হায়না থোইবী কপ্লকই। নাইজহনবা বারক্লে,—
"য়োৌদবদি যাদেসে" মখন্‌ মখন্‌ খল্লগা—
"বাকথিন্নু ইবেম্মা! নিপা ঐথোই কুম্প্রানি,
নোংবান মাগা থেংনগে, মীকোক অমা ফাওবনা
থবাই হিংলি ফাওবদি থাবোই নোংবান মহাকপু।
সিগী মরক অসিদা খুমম মাক্তা য়োৌমবা
চংগ্রো।" হায়রে মশায়া। কবো তরা মঙানা—
"ঐথোই হান্না থেংনগে।" যারে থবাক লোংহূনা॥
থাদোই লৌশিং চাওবীনা "মাসিনদি কান্নদে,
নোংবান লেপ্পে ওইসনু, যাই থাগে, ঙাওহল্লগে,

পামদ-অপাম শান্থনা নোংবান খুৎতৈ লাল্লগে ॥"
লেপ্ল। "কবো ইপুখোই!—ইবেম্মা!—ইপুখোইদি
কাবিরম্মো, হোয়েন্দা পোৎয়াম অসি য়াওনদি—
য়াম্মা খুদোং চারমোই, থোক্লরনি অমদি।
ঐদি দোলাইদা সুম্ম-। নোংবান মচিন থিবনি
ইকাইদবা মীনিদো হংলম্গনি হোয়েন্নে;
লম্লোনবনি হায়রিয়ু। ঐবু হংবা মতমদা
লাকহৌরেদা মহাখু।" হায়না থোইবী মেনখরে।
খম্বা খুমদা য়োনবা লম্বী অহু তাকতুনা
কবো তবা মঙাদো থাগৎখরে হায়না।
নোংবান মাগা থেংনরে-করাংজী ফীবুম থারে,
বানা ঙাইরমই নোংবান্ ঙাহো ঙাহো অমুক চৎ
লমদমথুগা চিকপনে নোংবান হায়বা নিপাদো
তরাইবদি নংতবা তরা' মঙা ঙাংনরে—
"নোংবান হায়হু অসিনা! নিংথিজেদা মাসিদে।
'খোইগী ইবুংঙোম্বনা সিদৈ হেল্লিবনিকো"
খম্ব-ঙাংনা লাকপদা, নোংবান হাল্লা কৌরকই—
"হাই হাই নখোয়গী পোৎতো ঐগীদা য়োগদনি।"
সৌরা—"চৎথোদা কৈনো মতা ইচা চাদনা"।—
নোংবান থৌওইনা তাদে। "কনায় মনাই নো, মহোই!'
অমুক তলাও লাওবকই—সৌরানা "চোপ্লরমি।"
হায়নরিঙৈ মক্তদা—"নংদি কনাই মীনাইনো,
মীবু মীনাই হায়বদে, য়োল্লিবরা, নংবুত্থম্
লৈগে কয়া লোগগে!-মহোয় লিদি চাওরেদো!
সৌরা' য়ৈয়ু কাও ইবো। লাও পাবোৎ চৈ অসিনা
নবক অত খিংগাইগে।" নোংবান তম্লন হেক্ হুম্বে—

কবো কদায়দগীনো ? -'থোইদি তুমুদগীদি। -
থোইবী হায়বী অতুবু নহোয়বু খং-লাকপরা ?—
করি থৌগী খংদনি। নংদি খংবরা ?—ইহে !
ঐগী মুপী মিদনা!—হোয় হোয় ওইরিনি।-
নহোয় ঐদা লৈরম্মু-পোৎতো লোইনা লৌবিগে।
মবেম্মগীদমক-কো!—মতিক চাদবা বানি,
নহোয় খাইদৈ হেল্লবা নবুংঙো অমা লৈরি
মাগী ইবেম্মগীনি। মানা চেন্‌বা কুইরেদা!
নহোয়দি নতিক চাদে।" বাঙাং অসি তাবদা
'খঙেও সোরা মবুক্তা। চৎখ্রে তরা' মঙাদো॥
ইরোই বাগী লমদম্'তু ইবেম্মনা তাক্লকই।
তরা মঙা অসিনা চৎখরবা তুং'তুদা
"করিগুম্বা লান্দুনা মোইরাং হায়বা অসিদা
'মুক্ত চংচদবিবা কৌবনিনা মহোয়দো,
খংদতুনা লাম্লনা অঙোম্ মাগী ময়ুমদা
চংউতুনা।" হায়তুনা ইবেম্মনা বাহৌই।
থাংজিং কৌবা লাই-তুনা থোইবী মিচং ওইখরে।
ইবেম্মনা বাতুনা খোয়ুম মাবু খুরপ্না
উবে চিংউ মহাক্লা। কবো তরা নঙাদো
খোয়ুম্ মানা পুসিনখ্রে খম্বা মাগী ময়ুমদা।
খুমন মাগী মবুক্তি পুম্নাং ওইনা লাওংমই।—
থাদোই মাগী মপাওনা মালংববু ওইরম্‌ই
খম্বনা গুত্তি ওইরে। লমজা মচেম লাইরবী
নুবায় ময়াথং 'তুনা লোংয়াই মাবু ফাবমই,
গুত্তি থৌবী ওইতুনা। চৎনিংবনা লোইরম্মে॥—
কবো মীরৈপাক-তুদা থাবুম অহম্ লৈখরে।

খুজিনখিন্থ মহায়বু। মমাতোম্না লাকতুনা মরোম পুম্বা হায়রবে,—নোংবান মথুবাক্তগী থোইবী মুনবিন্থ হায়না। কম্বজে হায়হু মঙায়রে শুভি শুম্না লৈরমই খম্বা মাংগোল লাংহুদা॥

কবোশিংহু উবদা থুমন,—"হিঃ—কবো নিনা" খল্লি। কবোশিংহুনা,—"ইবুংঙো সি, ইবেম্মনা হায়বা অহু মাল্লিবো; খংদানম্বক্ চংবদি চোপকনিকো ইতাওশা! হংগেকো,-হো ইবুংঙো! পুরু্ং লিম্ম ঙানববু!"—হায়না কৌই খম্ববু। "হো" হায়বগা খম্বনা, বা ঙাংদে মথবক্তা মখুংনা ফুই মতোমম্তা। 'শিংবা কবো অমনা—"মাখি শোইদ্রে ইতাওশা!" হায়না মযাম চংসিনখ্রে॥

"কাও কাই হায়বা অহুবু ইবুংঙোরা?" হায়হুনা হঙেও—"মানি। কম্ম লাকই নখোইদে?—তুমু নিংথৌ নকুনা উল্লকপনি মনাই 'খোই ইবেম্মদা। হীঃ হায়নু, ইপা চাদে 'যাম্ব-শা।" হায়না থুমই খম্বনা। কবো তরা মঙাদো হরাওবনা ঙাওখবে—থুমন চমু খম্ববু হঙেও, তাকই খম্বনা। খম্ব-খম্ব খুরুম্মে। "ইবেম্মা মুম, তৌহৌই, নিপা তরা' মঙাগা নোংবান থেংনম্নিঙৈদা নাম্থোরকে হাযহৌই।" হাযবনচিংবা লোইনা ঙম্মে কবো শিংহুমা। মোমদা সুম্না লৈনরি॥ থাদোই দোলাই তোংহুনা খুগা তুবেন লানখরে। তিংতিশুম্না মীপুকু-হু খয়াশুম্না মীপুক-ওন, নোংবাম মশক উবদা, নোংবান মশক উবদা কুমথবক্লে দোলাইদৈ মজাই'বেম্মা থোইবীদো। কবো চেক্লা তেমবা

চেক্লা-চানা তৌবগুম্ নোম-নোম্ লৈদা চৎলকই।
শিঙেন্ থম্বাল মনানা লৈকং থক্না তাবগুম্
নিংথিজগ্রে থোইবীদো চেক্লা উরেংনা তৌগুম্ ।
নোংবান মানা পোকপ-দৈ ইবেম্মগী ঙসিগী
শককম শাওং অহুম্না নিংথিজবা ফজবা
উথিদরি কোংয়ানবা—মীখুৎ চংনা শেয়্নবা
লৈয়াং নাচোম ওইখরে। সুক্নংখরে নোংবান্দো।
থাদোই খোংথাং খুদিংগী নোংবান মঙক চেপ্লকই।
তাম্নোইনরে মঙকতো। উরে মনাই সোয়ানা—
"মাঙেও নোংবান ঙসিদি" হায়্না খনখি মবুক্না।
থাদোই সনা পুক্লিংদা খুমন মাবু খুমম্মে—
"য়ারৌবিন্নু ইবুংঙো! থংলেন কাদা য়েৌনবা
নমাও লাংজরকপদা ঙসি কুম্বি লম্দম্দা
নোংবান পঙ্গাও লান্নবা উপায় থিগে ননাওনা।
পামজদবা নোংবানবু অপাম্-য়াঙাং ঙাংগেকে।
মাগী নংগী দমক্লি।" হায়্না হায়্না নক্লে।
নোংবান মখুৎনা ফুরে ফীদা মথক অহুদা
"সিদা ফম্মো" হায়্তুনা। ইবেম্মনা—"ঐ সুম্না
লৈজগেদা!—কৈদগী, লেংশিল্লকউ!—মায়জৈদা।"
হায়্নতুনা ইবেম্মা নোংবান ওইদা ফমখরে।
"ইবুং নোংবান সিদদি, কৈদৌবিরম্মিবনো ?—
'বেম্মা নপা ইবুংঙো মনা য়াথং সিদগী
ইবেম্মবু ওক্লগা অঙোম ঐগী য়োমদা-সুম্,
লেংসিন্নবা হায়্তুনা—।" নোংবান কোম্ব হায়্রকই।
থাদোই য়াসি তাবদা মৈগুম হোৌই ইন্দ্রিদো।
সনা পুক্লিং কাজিল্লে। মোমোন মোমোন নোক্লকই—

"হায়মা ইতে নোংবান" হায়। ইবুংদৈ ইতে ওয়ে।
নোংবান মবুকনিংহুদা—"মনাও 'বুংঙো শিংইদা
নিংঙোন পোকপা মতিক চাই মচা ৱায়কপা হৈদা
চাক্সুক্ খোৎলেনা সিদে।" চিংথুৱবু থাগৎলি।
নোংশা ফাৱা ওম্মিৱা নোংবান কৌৱা নিপাদো
মানা খোৎপা, মুমিৎতো, চাক্কী মথা ওইথরে।
ইবেম্মবু মানদি চাক্সুক খোৎলে নিংবা শাই।
মানা খোৎলিবহুদি নোংবান মাদি থংখিদ্রে।
মমুং মপান পুমখোৎনি। ঙাংনা ঙাংনা অসুম্না
নক্সিনকই খোইবীদা ইবেম্মনা—"নমাওদি
কবো লাই-কোকচদরি, মীনম ঙাবা য়াত্রিনে,
হয়েং তুং ফাওবা লাইনা সিনা নাওসন্দুননে.
ঐদি মী ওইরবোইদো! —চুম্ ই নহায় ইবেম্মা।"
হায় নোংবান হেক হন্দোকই। হন্দোকপগা চৈস্তুনা,
থল্লি মজাই' বেম্মনা। "ৱাসি লমচৎ থংদেদা
মফম মঙম চাদনা।" হায়না ৱাহু পাক-লোই
হন্দোকখরে নোংবান্না। "নোংবান 'পানবা করিনো?—
কৈনো মজা ইবেম্মা?—ঐবু মুংশি হায়বদায়?—
ইস মাহুদি ইবেম্মা, প্রাণ্ন কৈদা তৌরুনি!—
'হুদি নংবু কবোদা লাকপিবরা নোংমতা?—
ইকাইথরেদা সৈত। লৱাই মচা হায়'হুনি!
কাওবা নঙে, লাকইনে; হুদা 'হানবা খোংফম দো,
ইথাই ইহৌরকপদা খেংনরুরে, অহুগা
অনিশুবা খোংফমদি থুগা চাওমনপ্রহুনা!
ইলাক লাকই লাকপদি, উনব্রমঅবনিনা
লাকত্রবা হায়'হুনি হোয়! লাইমক্ য়েংনা হায়রদি
ওসি অসুম্ লাকপদা তোর্বান্দনে খোংগুন্ বু

উরম্মিনি !—হায়নৈনেবে হোয়নে, অসাই অম্ব'নি,
খোংগুন মতা, খোংদাদো—ঐখোইনা হায়মবদো।"
স্থম্না হায়নৈ। খোদৌসি কৈন্নু খংদে নোংবান্দি।
সৌরা-মনাইদি খংই। কোংয়ানবনা—"করিনো !
চৈন্নু-সিবু'ম্বক লুনা ?—ইপা ইমা ইবুংনি,
জিল্-লৈরে মানা তানবি, লাইজ লুরে তাকপিদো,
লম্দম্ অসি ম্নোয়কপা অপাম কাদা থুংবদি
চৈন্নু মাগী মপামনি অকেম-কাংতা করিনো !—
ল্যাইরিক হৈদা ইবেন্মা।" হায় নোংবান মতম 'হুদা।
সৌরানা—"ছিঃ হৈত্তানা !" হায় নোংবান কৈন্নু খংদে।
নোংবান চৈন্নু খুনুরে। খম্মে হান্নৈ মরুমদা।
"অবোক্স্ ইকুবোকন্নু ইবাইখোই খ্বাই তাথন্নু
বায়ৌবিন্নু।" হায়হুনা দণ্ডবৎ সজ্রাং কংলে
নোংবান চৈন্নু খুরম্মে। মজাইবেন্মদি পেল্লে।
সৌরানা উরুবদা ওম্মোক্ল নোকনিংগ্রবোই—
"ননাই 'খোইন্নু খুরম্বা য়াইনা—চৈন্নু অসিবো ?—
য়াই সৌরা লাও খুরম্মো ! নবেন্মবু 'খোই-নাক্তা
য়োহনবনি মাহাক্না ; নোংমতবু নংনন্নু,
ঐদি ইকাইদো সৌরা ! ইবেন্মা 'হুবু হায়বা।
বা 'মা কাওবা হোদোক্কে। মনাই ওকতবা লোইবা
মপু চোপ্প মশিন্নি বুদ্ধি লৈতে নহোয়সে।"
হায়রে। মচিন খুমহুনা থাংই নোক্লিংগ্রে সৌরা
নোক্লিংবগী মথক্তা অমুক হেন্না নোক্লিংগ্রে॥
ওকতা মফী য়েংহুনা "হে লাই ওইরবা চৈন্নু !
পুক্সি তোলোইবা পিনৌ।" হায়না সৌরা খুরম্মে।
নোংবান্না "হোহো মানি মাহুতনি।" হায়রকই।
সৌরান্না লোকপা মীনোক ময়ামহু থাংবা য়াম্রে।

হায়নহুনা খাংনল্লে। কুম্বি য়োমদা থাদোইনা—
"ইতৈ নোংবান!-ইবেম্মা!—পাও থুংউররিনিনা?—
মরক মত্তে অঙোমদি বাবিরুম্লু ইবেম্মা;
করি' মতা হেক্—বাংলোই চিন্তা কা তৌবিরুম্লু!"
হায়না নোংবান ঙংহুনা বাঙাং ককা তৌখংলি।
থাদোই সনা পুক্লিংদা চংকম লম্বী খল্লকই।
"ইতৈ নোংবান থোইরোমদা করি হৈ পাল্লিবগে?—
করি বানোনে সিজ! পাল্লি লোইনা, বাংতেদা
হৌজিকম্লু য়াম্ পূরকই। খাইগী দর্মক্লি কৈনো!
হাবিয়ুনে য়াম্'-লৈখ্রে। অতৈদি চাজনিংদে,
মনম নাইবা চাজগে।" হায়, লৌশিং চাওবী মানা॥
নোংবাম্মা মরক সিদা শোল্লিবা মায়োক য়াসি,
মপান হায়বা নাইখিদে। মানা হেক শোল্লিমখৈ
সিদ্ধ ইওই ওইরকই। মমৈ থংদা শোনবহু,
থাংগ লৱাইগী পিয়াইম্লু মমাদগী লৌবা
ইনৌ নৌবা মায়োকবা—'ওংসরি সংতংলো-হাই!
সৌবা তাবি গ্রোং চংলো, নিঙোন কাদা তেহিং মপ্,
লৈম কোন্-কোন্ লৈসিল্লো।' হায়না নোংবান শোল্লকই,
মখুৎ খুবাক অসিদা, তৈরে মমায়; তুগা—
"সৌরা ইবো কম্দোই?—সিদ্ধ ওইরে ইবুংঙো।—
কদায়! সৌরা করম্না?—ফজরে।" হায় সৌরাবা।
ইবেম্মনা—"হৈ চাসিদনা ইতৈ কোংয়ানবা?—
ইবেম্মা হাওনে সিজ! সৌরা কদায়?—" হায়রবদা
হৈগী চাকপোৎ পুশিল্লে। থাদোই লৌরে য়েং'না লৈ।
"হাওনে সিজ করিনো!—হাইমা পিদি পিদনা!"—
হায়, মজা-ইবেমমনা। নিংথিজবা মসুং'মা
লৌহুনা পি-নোংবাম্মা। লৌরে থোইবী হৈ অহু।

"চাদি চারোই মনমদা মরৌরগে"—খল্লকই।
হৈ-তু থমই ফৈবোমদা—"ইতৈ নোংবান আদৈসে!
করি উনো কজেদা।" হান্নবা খুৎনা থিন্দুনা
হুংই ময়াম অতুদা। "কদায় কদায়" হায়তুনা
অওইবোইনা ময়ামদো লোইনা ইয়েং য়েংনরে।
ময়াম য়েংশ্রিউতুদা হৈবাং অতু ছন্দোকপ্রে॥
খিন্দে মজা ইবেম্মা—"হাইমাই পেম্মা ঐহাক্তি
কবোম্নাই হৌরেনো।" হায়রম্লগা থোইবীদো,
ইক্-ইক্ লাওতুনা তুপ্রে নোংবান-কিদা-মথক্তা॥
নোংবান-মনাই ময়ামদো চেন্সিন্নবদা, 'মতা
চংবিয়কম্নু হায়রে। চংহন্ খিন্দ্রে নোংবান্না।
ফরাংজি ফীদা থক্তা মনাই হৈরাং কেন্ বগুম্
তিংদম্ তা'না লৈবদো নোংবান য়েংবা ঙমদরে।
শিদ শিররোই নিংঙে। "সৌরা! নবেম্মা শিরে!
নবেম্মা উহৌদবা!" হাযতুনা নোংবান মানা
খুয়া লুখুম্ চেন্দুনা তেংথাদনা কপ্লক্লে।
সৌরানা—"ইহে শোল্লো! কপ্লগবু হিংগদ্রা?
চুমক সৌরা শোনগেকো।" হাযরে নোংবান্না শোল্লে॥
মপাই মনাইশিংতুদি নোক্লিংবনা লোইখরে।
খাংবা ঙম্নরক্তরে, চেন্ খোক্তুনা ইশিংবু
খিবা। উকম্ খাংজবা শারতুনা লৈখরে।
শোল্লে নোংবান মুমিৎতো—ওং তিম্ বীরেন্ শিরো-হাই!
তাওরোই নাই নমৈ লুপ্লো।" খোংবাল্ লাই তিংখাকতগী
লৈতোং সন্দোং ফাওবা—থাই। লোইরে থোইবী নোক্লিংবা।
খাংবা ঙমদ্রে লেঙ্ঙকই। সৌরানা—"লেংই কাম্নৈ
শোল্লো শোল্লো সেল্লুংবা।" হায়রকপদা নোংবান্না
শোংগৎলকপা অতুদি মমা খুরাই লৈমগী

মমিং ফাওবা য়াওরক্লে। খাংবা ভমন্ত্রে থোইবীদো।
মিৎ পাংথোক্লে হৌগৎলে।—"ইস ঐদি ৱারুরেদা!
ঐ যোম্ য়োজরুরেদো!—'বেম্মা করম্না লাকই?—
মী অমনা শোল্লি!—ঐনিনে শোল্লি হায়'দো।—
ঐ যোম্ ফাওবা হেক তায়দো। মাইবা য়াম্না ফথোইরে?—
য়াম্না তৌই ইবেম্মা।—ইত্তে ঐ লাইথোজগে।"
হায়রে থোইবীনা পাম্ন খুদপ অনিদং পিরে।
নোংবান—"সে ইবেম্মা! থোইদৌ অমুকতা পায়গে,
অমুক হৌরক্তনবা!—মায় কৈসু পায়বিরমু,
মীনম তার-হেল্লনি। হৈসিত্থম পুথোকপিপ্রো।
হৈনম্ অসি-শিদৌবে—ওক" হেক হায়সিন্নরগা,
সনা খুৎনা চিন্-খুমই। ওই থংবা থাদোই খুৎনা
হাইদোক্তুনা তাক্লকই হৈ পুথোকখবো হায়মা।
মনাই কৌবা নংখিদে নোংবান ফুক হৌগৎতুনা
লম্ মঙা তবামুক্তং হৈ অত্থু পুথোকউরে।—
"সৌরা! তুরেন থোংন্নুংদা হন্দোউরো" হায়রকই।
সৌরা হৈত্থু ভাপ্-হেক পায়। ময়াম্ ফন্-ফন্ চোংসিনপ্রে
নোংবান মনাই ময়াম্না খোংন্নুংদা লোইনা চারে।
অয়েনবা য়াওদবা পোৎ-লাকতুনা চানবা সি
কয়া মফজনদে উরম্বা য়াওরবদি
কাওবা য়াবা পোৎনত্তে। ময়াম অত্থু হল্লক্লে।
"হন্দোকউরবরা হাই!—মনম্ মহাং লাকনি? -
লাক্ওই আদা পুক্নুংদা।—করি?—আদা লোক্নুংদা।"
স্থুম্না ভাহাক মৈনরে। থোইবী' পিবা পাম্ন-দো,
শাইবগা য়োৎপগা থুম্ লোইখরে। নোংবান মানা
"করবরা ইবেম্মা? কদাইদেনো কৎতরি,
দোলাইকা তোংবা লাকপা য়ারোই-হজিক হোরেন।—

কবোদদি হোদরা ? হোই ।—ছুদি কম্ দোই ?
পান্মুইদকো করম্নো ! য়ুম য়োরগা ফনবা
কোম্নে কোম্না খমসি ঙহাক লেংবা য়ানবা
করি উপায় তৌগনি ? হিদাক লাংথক খংদ্রবো ?—
খংই ।—ছুদি করিনো ?—মীনা পায়বিহুনা স্মুম
খর খর পুরগা, শগোনছু কাংজেবুংদা
কন্না থোর ফাওবদা হাপ্তা অনিকা হোদে ।—
ছুদি, সৌরা ! সগোম দো ।—সগোন পনবদা ইত্তে !
খর যাংগুম তৌইদা ।—সগোম কারুনে, সৌরা !—
হাযরকপদা সৌরানা সগোন অত্থু চিংসিনথ্রে ।
নোংবান' সবোৎ হাপখরে । "নেৎলো 'বেম্মা !" হায়বদ।
থোইবী সগোন খুরম্মে । লাইস্থু স্নুনা খুবম্মে ।
পাম্মোইবীস্থু থুংঙরে । মার্জ্জিংনা সগোম্ সেরৈ,
রাংব্রেন্না খুর্জ্জি শেল্লে । কৌব্রুনচিংবা লাই-যাম্
ওমথ্রে সনা হুকচাংদা । সয়াংথক্তা লেংখৎলে ।
খুর্জ্জি পায়না চিঙঙকই নোংবান মানা খাদোইগী ।
থাদোই মঙক চেপ্পদা লৈশিল্লকই নোংবান্না,
ঙাকই । থোইবীনা শাজে কুৎ লাওনা হেক থারকুই ।
সগোন মথোংনা নোংবান-খুরাইদা কাক্ হেক শোকখরে ।
ইবেম্মনা—"ইত্তেবু শোক্লমাল্লে খুবাইদো ?—
য়োকচসম্মু ইবেম্মা ।—ঐ অমুকত্তা সোক্তগে ?—
কৈ ইবেম্মা শোনবিয়ু ।" হায়রে সগোন খুনেৎতা
নোংবান মথোং থাংগৎলে । খুর্জ্জি লৌরে থোইবীনা ।
ইবেম্মনা—"হাই-হাই তাও ! য়ানবগী খুরাইও !
চেরে ওল্লো চিংথেক্ও ।" হায়না শোল্লে মন্নদি ।
ঈহু খক্লে—নোংবান্না "হৈদা" হায়না খঙখি ।
থোইবীনা পানা মতপ অন্না পিয়ে নোংবান্দা—

"নবাও মগোন তোংজগে ইতৈ দোলাই তোংবিয়ো।"
হায়রে। নোংবান হন্নাওই। থাদোই মাগী দোলাইদা
কোংয়ানবনা তোংখয়ে কোংয়ানবগী শগোন্না
থোইবী মানা তোঙঙক্লে। শগোন্না মাংদা থাযে
দোলাইনা তুংদা চৎলি। কৈদোম অনি থোদোকই
কৈদোম অমা হঙ্গিল্লি কৈদোম অহুম থোদোকই
অম মথাই হঙ্গিল্লি। পরি অমা থোদোকই
সংঙম অনি হঙ্গিল্লি। থাদোই মুম্না 'লাকমিয়ে।
মতমসিদা নোংবান্না শাজখিবা ভাব্-অহু
শকচখিবা ইশৈহু লোইরে পুমশা শাহুনা।—
"জগোই মকোক চিংহনগে, কুমশিদি লৈশাবীগী,
মশম হেক হাইগৎপদা মৌগী অমুক লিংথৎকে।
মুপী পালা দোহার তৌহনগে ঐ পুং য়েগে।
থুবাক ইশৈহু লোইরে পুমশা শাহুনা।—
সিগী য়াগ তৌবনা পুমশা শারে লোইখরে।
নোংবান্না শকখিবদি—খৎখ্রিবা পুংনা কয়া
হাইবনে হুম্নে—দোলাই তোংই হায়বা কাওরে।
দোলাই লেং মরিহুনা "চৎপা য়াদ্রে ইবুংঙো!"
ফনা লাওজে তাখিদে। হোৎতুনা জগোই শাই।
মমিৎ-তুদি থোইবীদা, দোলাই লেংকা য়েংখিদ্রে।
দোলাই লেংশিং' তানবে। মথোই মরি কুম্নমে।
লৈশৌবুং মতোন 'মদা দোলাইহু ইরেন-থম্মে
তাদনবতা ঙাকই মরি অহু পোৎথারে।
নোংবান মাদি থংখিদ্রে পান্ন চারে মরিদো॥
সৌযানা হোদোরকপা লৌশিংনি হায়রমহুনা,
পান্ন লান্নে সোরাদা অতৈ অহুম অহুনা
মুম্না মুংঙাইমিঙৈদা মুযা মজা ইবেন্মা

নিঙোন খোংসু লাম্দুনা কাংলোইবী খোং য়োখরে।
কৈয়েন্ ফাবি পায়খরে—থাদোই হুন্না য়েংবদা
লৌ পরি কুন্মঙারোম লাপ্ন নোংবান লৈহৌরে।
থাদোই সমায় লৈসিল্লে। নোংবান্না—"মী হন্দোকউ
সমায় লৈসিল্লকএ-হাই।—লাকখিসনু।" খুমকই
নোংবান মনাই মখৈনা। নাইজহনখনচিংন্না
মপাই মনাই মখৈদি নোংবান মাবু লোন্নরি
হাক্ক থাপ্তানা চৎলি। মাতা শিংহু তাবদা
শিরে মোক্লিংখিবনা। অবাং অমুক ওনখরে।
সগোন থাম্ই, মায়-ওনখি হান্নবা ময়াম উহৌদ্রে।
অমুক ওন্লিল্লক্লুনা খুর্জ্জি অহু চপ্লুনা—
"মোইরাং নোংবান কোংয়ানবা, খুগা মান্বী শিংজন্বা,
খুগা কৈনা চাহৌরো, চাদ-শিন্ন চখোম্ চাও,
য়েংদ-সিন্ন মিং লাওবা, চিংখম্-তাংলৈ খা-য়াওবা,
লোন্ন-চৎপা নত্তে ঐ, কোংনা চৎপা সুপীন্নি।
মচা মনাই খংহৌরো, য়াম্ন-কল্লা তাজেংবা!
লৈজহৌরো।" হায়হুনা ওয়না সদন্ ওইহুনা
য়েৎনা থাংলেন শাহুনা মথুৎ-য়াম্ন চৈরম্মে।
লাংগোই শাজে থাহুনা থাদোই সগোন থৌখরে।
তারে নোংবান অপান্বা। "খুৎতা অমা তৌখৱে,
খুৎ খৎলি দোলাই, কম্না চৎলু,—হো 'বেম্মা!
খুর্জ্জি শেল্লু, ঐ লাকএ!" মনাই শিংনা "খুম্মুনু!—
করিগী?—চৈরিবনে!—হো ইবেম্মা ঐ লাকএ!
খুর্জ্জি চেৎলু ইবেম্মা!" তোইরাও লাওই নোংবান্না
মজাইবেম্মা তাহুনা "খুহু, খুন্নি য়ানবা!
য়েন-কাংক্রম্ মকোন্-থোক, পুন-সংবাই নাতৎপা,
খৈন-য়াংকোক সেগায়বা, সাবন্-চোত্রে মান্বদি

অঙোম মচা নপ চোবা ; হায়রিঙৈদা হায়হোগে,
খুমন-নবুংঙোতোনগী, লৈবোই হঞ্জবা মাগী
মোংবা-মরান-য়াই-চুদা ইতৈমা চৎলে নোংবান,
লৈজহৌরো কোংযান্‌বা। হযেং ইমুং ঙাম্নগা
নোংবাই নবুংঙোতোন্‌গা ইতৈমগা অনিগী,
হৈরাং-চাকপোৎ পুরো-লাও।" অমুক হন্না চৈরকই।
নোংবান্না—"হো ইবেম্মা! খুর্জি সেল্লু! ঐ লাকএ।"
'হায়না পংখুমদা খুমই। "ঐদি মাঙেংদো সোরা!
অরেম্বৈ তোংহল্লুরে! সোরা দোলাই চেল্লুনে!—
রা নংতবু সগোনগা দোলাইগা তান্নবা!
পা রাম্রি পু-রাবিদা কৈদৌঙৈদা তাখিদ্রি।"—
খুম্মে সোরা মনাইনা। নোংবান্না "লবাই মচা
মীনাইশা লৈজহৌরো। হায়দুনা দোলাই থক্তে
চোংথখ্রে। দোলাই পুবা নিপা মরি ভুহৌরে।
সুমাং লাকং পাইবগুম মুংশিৎ-মমাং থাদুনা
তান্নরক্লে নোংবান্না নুরা মাগী ভুংদুদা॥
সগোন শাক্তে কারমবু ৱৈরক্লে মজাই 'বেম্মা।
লাংগোই মথোং মরিদু মালেম থক্তা তাদরে
মথোং মরি অদুনা লাংগোই শাকম লামথরে।
লাংগোই শাজাও অহুবু নোংথাংগুম্না থাদোইনা
চেংগৈ পাংনা থারক্লে। সমাই নাইন্‌ অনিগা
কজেং লৈগা পান্ননা খদাং মথা কোন্দুনা
সনাগী ঝিঞ্জুরনা সাইনোল্‌ লিংনা কাখিবা,
সাইদোন্না সুন্দা পাইবা, ভুংগী শম্‌ অশাংবনা
সুক্লা মুনা শাংন-পাই 'মুবা নোংগুম্‌ নিংথিবা।
লমথাং কারন পুনবনা কীদোন হায়দোরকপদা
যোগিনী মশা ওইরে,—মায়থোং থাজ ওইথরে।

নাইন্' সজিক থবা ওই, কোক্তা থোনবা কজেংলৈ
'মুবা নোংগী নোংথাং-ওই। ফুরিৎ কোংগোন থিনবমা
নিংথৌ ভুরেল ওইখরে সনা খুজি, খুদোপমে
থম্বাল মিচাক ওইরকই। লাংগোই মুস্তুক মুশিল্লে
মথোং মরি তাংশিল্লে। শাবম্ তুনা মুবনে!
মকোং ফীগে মচুনে লাংগোই অহু থাবকপা
কেগে থোয়া লমচল্লা পুমশং ওইনা সংবনে,
মোইরাং শৈশক ইবনা করি হায়না য়েকউনি।
মোংচুপ চিংদোন অহুদা কৌরৌ মানা ভোংবনে,
মুনা-নৌনা-হৌব-নোং নোংদোল ফিজুং থনবা-কাল,
'মুবা-ফীজং থাহুদা কোবৌ মঙান চাইরকপা—
লাংগোই মানা চেল্লকপা থাদোই মাগী মুত্তিদো-!
উদবমা থংঙরোই, 'মুবা লিনগী কোক্-থক্কী
মনিদগী হেনখরে। মতোক মনি পুম্ববা
'মুবা লিম্না পাইবগুম্ লাংগোই অহু পাইরক্লে॥
নোংবান্না "হো ইবেম্মা! থাম্মু থাম্মু।" লাওরকই।
নোংবান্না লাওবকপসি নক্ল তারে থোইবীনা।
শাজৈ কারন হাইহুনা লাংগোই অহু ইল্লগা
যেংখিববু ভুং-হুম্না, নোংবান সগোন ফংদোরে।
অহুক কম্না তিং মথৈ থাখববা শগোনদো
নোংবান সমৈ রাইরক্লে। ইবেম্মনা "মাঙেঙনা।"
হায়রহুনা থাদোইদো মদোম থুপথবহুনা
লাংগোই সরুমদা নপ্লে। মতা-লোইনাই পম্বোইবী
থাদোই থাগোল্লরক্লে। লাংগোই মুংশিৎ চেনখিল্লে
থাংজিং মাগী কুপানে শাগোন য়াংলক্লে।
নোংবান অমুক থনম্মে। য়াংদবা নোংবান নত্তে
মাহুননম্ব চৎল্লে। ফংবা তারে হায়হুনা

চবুং য়াংবী অদুদা পাম্বোইবীনা থোইবীগী
মুর্ত্তি পুম্মৌ লৌদুনা লাংগোই থক্তা লৈরক্লে।
পাম্বোইবীদা নোংবান্না—ইবেম্ম তারে হায়না.
কোনগে ভোজরুবদা খাই লাওনা মাংথোকখরে।
"মাংখরেনা হি কৈনো!" হায়না ওক্লে চপ্-লেপই।
পাম্বোইবীগী খুবাক্লা মখক্তাইদা নোংবানগী
থারকপবু—অমুক্তং উরু-রু লৈ পোপ্-হেক্-তুই।
"অৎচা" হায়না নোংবান্দো ফুক্ হেক্ হোৗগৎলি,—খংদে
থোইবীদবু নিংখরে। কনা অমা উখিদে।
'সিবাইদনি হায়দুনা, পাম্বোইবীনা লেপ্লম্বা,
মপাদুদা নোংবান্না ভিংগোই ফাক্লা খিরকই।
নোংবান মমঙ্ ওইখরে। ওইথোকতবু ওইরক্লে॥
যুবরাজগী মনাইশিং নিপা তরা মঙাদো,
চেংখৎলক্লে—"ইবেম্মা, তুরু ভারুরবদি!"
হায়না খুংশা থিদুনা নোংবান-কাংবু য়েংঙমল্লে॥
নোংবান মমাই মথেদি দোলাই ভোংবী শান্নরি।
দোলাই হন্দোক্লমদুনা থোইবী ভান্নথিবদৈ
নোংবান্না, মীনাই মথৈ—অমমা অমুক তোংই
খর'মনা অমুক পুই। সৌরানা খাই মকোক্সি
মানা খিং তোইনা তোংই স্নুন্না ভোনা লাকপনা
নোংবান মনাক য়ৌবদা, সৌরা তন্না চোংথরে।
নোংবান্না,—"সৌরা! সিদা নবেম্মদো মাংখরে।
নশক খংবা শগোল্লি সৌরা খিং কৌ-লাকউনে।—
জ্ঞান মাঙেঙনা সেলুংবা লাই অবুক্তা নিংশিংউ।—
লাইনবু থোইবী পিগত্রা সিদা চংপ্রেনে ইবো।—
মাঙপ্রসনু সেলুংবা কংঙরোইদা তোক্লসি।
মী উরগা ইকাইরে।—করে অদু মঙাইরে।

কঙঙরোইদবা মাবু থিরুবা হৌনদরে ॥
হায়নহুনা থিখিগ্রে। নোংবানগী মনাই ময়াম
সগোন খোংগুন থিরক্লে। খোংগুল অহু তাক্লরে।
নোংবান অমুকহন্দুনা লাংগোই খোংগুন ইন্দুনা
তাম্মরক্লে খোইবীবু। ইবেম্মদি মতমদো
লম্‌দম্‌ ইরোই-বা য়োরে, লাংগোই মানা চেল্লকপা ॥

৬

চিংখুবগী-তালোইদি—থাদোই মমা তোম্বীনে,
মমা-য়াইমনে, সেন্নু কোবী অচানবীনে,
নুপী অহুম অসিমা থাদোই ওক্কে হায়হুনা
হৈরাং লৈরাং পামহুনা ডাইরি—পালা হিদেন্দা
অহুমসিনা লৈবসি উরে মজা ইবেম্মা।
থাদোই সনা পুক্লিংদা পামদবগী মীশিংমি
নুমা মদোম নিঙঙ্‌রে। ইরোই বাগী বাখোংদৈ
শ্রিবোল লোমদা ইবেম্মা লাংগোই সমায়-থৈরক্লে ॥
অমম্বা-অহিং-'স্নুকপা-'সংবা-বোন্‌গী উন্নুংদা
লোইদাম্‌ মানা থোকপগুম মজাই-বেম্মা লাকপদো
মমাত্তোম্মা উরক্লে—"ইচে য়াইমা! কনানো?
যেংউ! মী মরক অমা লাকইবসি উবরা?—
মরক হায়দি করিনো? নুপী হায়সি কদায়নো?
লাংগোই তোংই ইমা-ও—হাইমাই পেম্মা অতোম্বী
মচানিনে ইবেম্মা! লোমদা লাক্লে করিনো!—
খুমল্‌ লোমদা চংথরে। হুদি তোম্বী কৌরসি।—
ইচে'বেম্মা কৌরসি।" হায়নহুনা তোম্বীনা,—

হা ইবেম্মা ? ইবেম্মা ! ইমা খোইনিনে থাদোই !
মুরা নংগী দমক্তা হৈরাং-লৈরাং পুরকই ।
ননাই সেন্নু য়াওরিনে হৈরাং চাখোনে থোইবী ।"
লমজাউ হাৎরি খোক্ষম্মা মুরা মচা কৌরকই ॥
ইঙায় থকপা চেক-কুম্বী থোইবী মাগী মমাইনি
থাবুম অহুম অহুবু মবেম্মবু উত্রবী,
খৌরাংলবী সেম্মুনা—"হা ইবেম্মা ননাইনে,
সেন্নু লাইবক খিবনি ! সনা মাইথোং উদনা,
চাথরোই হায়ত্নুনা চাদরিবী সেম্মুনি
য়াংগংলবী ননাইনি ! ঐবু উননিংত্রব্রা !
কদায়দনো লেংইবা লাংগোই খামখো ইবেম্মা !
ননাই সেন্নু লাকখিগে ।" হায়না কৌই থোইবীবু ॥
ইবেম্মানা "নত্তেনা ইমা খোইনিনা সিদে !
হা পলেম ইবেম্মানি—ইমাতোন্ পলেম য়াইমা !
সেন্নু কৌবী ইতারোই ! হয়েং ইমুং ভাল্লগা
হৈরাং-লৈরাং চিঞ্জগে ! ভসি সিদি য়াদ্রেকো !
পম্মো সনা য়াথংনা লমজাউ খাম্বি ওইথরে !
কুম্বী লম্দম্ অহুনা য়ারৌ সকম্ ওইরকই ।
সকম খাম্বী মৈ-চাক্লে । নোংবান্ পামজদবনা
য়াংলৈ-তাওবা হুই-ওইরে । মাগী মনাই মথেম্বা
লোইবী হাওবু ওইরেদো । পম্মো মাগী মনাইনা
খাম্বী মৈচম্ ওইরকই । নমোম্-মারৌ-য়াও-সঙাই
সঙাই—লাম্বীশা ওইরে । খাম্বী, তাউবা অনিনা
মৈমা চাক্লে, হুইনম্বু নমোম লাক্লে তাল্লকই ॥
মথুংতা তা পায়ত্নুনা হাওয়াম্ অমা ভাল্লকই ।
নমোম ওইবী ঐহাক্তি মৈমাং থংবা চেল্লক্লে ।
পলেম চিংগোই মেল্লিঙৈ হৈরাং-লৈরাং চিল্লিঙৈ,

তাওবা মানা, সণাইগী খুদুং চুদা চিক্তুরা
ফাররবা মক্তমদা শিনিংদবা মবম্না
সণাই চোংচুনা খাংবা, পলেম কয়ম য়েংগগে !
খোইনৌ ইতা চান্নবী মুংশি খোইরোই হায়ৌনু ॥"
হায়না লাংগোই থক্তুগী থোইবী সুম্না লাওরক্লে ।
মুরা মবা তাবদা "ইমোম্ 'বেম্মা য়ৌখরো !
অপাম কাদা খুংজরো ! ইমাখোই স্না লমথাগে,
ইমোম 'বেম্মা স্যা" হায়না থোইবী মাবু থাবক্লে ।
মুরা সেম্নু লম্থাংদো সুপ-পায় পায়শিল্লচুনা
লম্বী উফুল থক্তুগী লাংগোই খোংগুস মুৎলকই ।
ফনা শাংনা মুৎলম্মে অহুম অহু চৎখরে ॥
থোইবী চেংগৈ পাৎ শম্মে, কৌক্র পাংনা থৌবকই ।
চেংগৈ পাৎচাও লাইমকোন, খোংচুম লাইমহন্ অশি
লোম্নবগি লমদমদা খুমন্ মাবু কৌরক্লে ।
কবো তম্না মণাম্নে, খম্বু মচেম 'বেম্মনে
ময়াম সিনা "ইবুংঙো ! লাইরেকনু !" হায়রকই ।
খুমন্ মমিৎ অনিদো হোজং লোমদা থারকই ।
থোইবী স্নাং থক্তুগী—"মীরম্বগী খোয়রোইবু,
মীবাই-তামগী পাম্মুবা, থবাই ঐগী চেংবোন-ওই,
উপু-চজুম শকইবা ! নবমাই মোম্মু ননেম—
মচা কবো তাবিবু—সেম্বী-ওংবী কায়ক্লে ।
পম্ভৌ সনা য়াথংনা লিম্নী ওইরে ইবুংঙো !
নোংবান চু তৈববা তেন্ থারক্লেনে পাম্মুবা !
পানগদৌরে ননাওদা । চুগী তেনবু কিবনে
পাম্মু মৈম্না কাবনে, ননাও লাংগোই তোংচুনা
চেক্লবক্লে লোয়ুম্না ! থবাক চুং-বু গুইচুনা
পায়োম তা-ওইনবিয়ু ! তেক্তিন য়ৈথেকপিয়ো লাও !

লাংগোই অসি ফাবিরো ! মাঙ্গ তাবিগ্রবরা !
ভান-তানা ইবুংঙো থংলেন, খোরকতবরা !
সমু খোংগী লমনবু নবনাইদি থৌজগে !
পাম্মু নংগা ঐগবু উমহল্লোই হায়দুনা,
থংলেন, ফাবিগ্রবরা ! মাঙ্গ কৈদৌরবগে !
লাংগোই খাম্বা ঙমদরে। ইরৈ কনবা ইচেন্দা
লাংগোই হিবু ওইরকই, শাজৈ-নৌবু ওইরেদো !
ননাও সয়েং চোকখরে খুজিজ থৌরি পায়বদা !
ইরৈ কনবা ইচেম-দৈ কপ্পহৈবা নপাংগন,
মপামবোম্না কনবিরো ! মাঙ্গ বাকয়ৈ ফাবিরো ॥"
লাওজরক্লে থাদোইনা। খোম্ফম অসি তারক্লে,
খম্বা মতু চুংখরে। তঙক তঙক য়েংদুনা
নোংয়াই অহুম লৈথোক্লে। লাইরবীদি মচেনা—
খম্বা! ইচে !—কৈদৌরি ! ঙমদরগা নথম্তা
ইচেম য়াওগে ইবুংঙো !" হায়রম্মগা খম্বদো
হোজং লোমদা চেম্থোকখ্রে। "ইচে ঙাইখো।" হায়দুনা
অঙাং ইবুংঙো তোমপোক্, তাংলৈ এলম্ব চাই-গুম্বা,
কাইরৈ তোপ, থা-য়েন গুম্বা, তেম্না-মৈরী সং-কুম্বা,
ওক্লেন তোম্চং শাগুম্বা, পাম্ব-কৈয়েল অথৌবা
সপু-সরাঙ্গা-মচা, পাম্ব-তকুপ-তরেংম্ম,
মমা অহুনা পোকপা পাম্বা সরাক্ ফবা-শা,
কৈরেন মাংবা কাইবা-শা, কৈরেন মানবা খম্বদো,
চোংথোক্লক্লে খম্বদো। পম্ফৌ খরাই থোংজিন্দা
চপ-লেপখরে নোংয়াইনা। মবনাই মনেম মচা
থাদোই মাগী মায়কৈদা লাংগোই লাবা মিংয়েংদো
মিংকম থারে ঙাউথরে। থোংবী লৈদা লুকখরে।
[illegible] [illegible] মিজনা চিংসইদি পায়েন-গুম,

খম্বা সগোন ভাইরক্লে। সরেন্-নোংশা মচানা
সজি সঙাই লাক্কেদি ভাইরকপগী শাওংনি।
ফীবম শাওং উবদা মুক্তা খম্বু পেনখরে।
খুমন মানা—"ইবেম্মা! সগোল অচু ফাবদা
লাংগোই খংলেপ্-লেপ্পদা পাইথোক্কনি সনাহল!
খুজিজ অদো থাদোক্লো সরুম্ কোল্লু ইবেম্মা!
তাকই থোইবী কৌহুনা। "খংলেন খোমকম তাবদা
পেনখরেদা ইবুংঙো।" হায়না খুমজে মবুক্তা॥
পাংগন য়েংগে নিংখরে থোইবী সনা পুক্লিংদা—
থাদোই মখোং থিন্দুনা শাজে কারন ফুরক্লে।
সগোন মখোং মরিনা মালেম নৈদা ফুরকপা
হোজং অচু নিরুকই। খুমাং নারুম্ লামচুনা
পাইশিল্লক্লে সগোন্দো। থোইবী খুজিজ থাদোক্লে
লাংগোই সরুম কোনখরে থাদোই মিং উইসিনখরে॥
লাংগোই ফুজিল্লকপ-চু লম অমতা মঙায়রে।
"ঐরা শগোল অসিরা, মজাই 'বেম্মরা 'মদি
শোইবা তারে ঐহাক্না খংফা ফারুরবদি।"
হায়না নোংয়াই খল্লক্লে। লম্ অমদগী লাংগোই
চিদোন থবাক বায়রক্লে। থবাক নৈথরকপদা
নৈশিন্দুনা খুং-য়েংনা লাংগোই সমৈ লায়খরে।
সমৈদগী সাবন সোংয়া—খুজিজ তম্না শায়রে।
নোংয়াই নৈখৎলক্তুনা লেংনা ভারে শগোন-দো,
ইরোইননা কোন্দুনা খম্বা শগোন খায়খরে॥
নোংয়াই লেংনা ভাবদা 'ইক্' লাওই লাংগোই অদো
উচুক্তা পুনব'-মঙাই লেংবা লাকপা চমজদে।
লাংগোই মদোম ভুদোই। ইবেম্মগী মিং পাংত্রি।
সগোন কারে হায়রব'চু ইবেম্ম-খংন-খংনা—

"সগোল কাবিরবরা ?" হংই—"কারে ইবেম্মা।—
থাংথবিয়ু কোক তাওরে।" হায়রে মচা ইবেম্মা।
খুমন মানা খুৰ্জি 'মু খুং নাম-না পায়রগা
খুং নাম-না কোন্দুনা থাংথজগে তৌবদা—
"মাই কিজেনে তাগনি।" হায়রমুনা থাদোইদো
কুমথৌ হায়বা য়াদরে। নোংয়াই ওকৃশম নৈসিল্লে;
থাদোই মথুং অনিনা খৈ ওক্তা কোঞরে।
তুমৌ নায়োক কয়বা মীপোং কাবা লুতুংগী
ইবেম্মগী শল্লাংনা চেপথংবদা থোইবীনা
খম্বা মাগী ওকশমদৈ থবাক লোমদা চাইথরে।
লুপা চিংগী চিংয়াইদা 'মুবা নোংনা কুপকুম্মে।
লাইরবীদি মচেম্মা য়েংজবদা পেনথরে।
লুজা খম্ব্ কৌবীদো পিগী ইরা হৌরকই।
খুমন্ য়েংনা খুৰ্জি পায়, ওইনা থোইবী কোন্দুনা
লাংগোই মানা তুংদা চং, থাদোই নমদা পোত্থনা,
নোংয়াই থরাই থোংজিন্দ নাংগোন দামি য়ৌথবে।
মমা শকপী খম্বুনা মনেম' মমৌ ওক পগুম্
থোইবী মাবু কোন্দুনা লাইরবীনা ওকচবে।
কবো তরা মতানে মনাই ময়াম চংত্থুনা
সেবা তৌরে থোইবীগী মীকুপ খর পোংথারে॥
মমা শকপী খম্বদা—"ইনম্মা করি দৌরে,
পোং ময়াম্-সি 'মতা লোইসিন্ বিদ্রবা ?—
ইবেম্ম ! লোইসিজদরি !—করিগীনো ইনম্মা ?—
পোংয়াম অসি ইবেম্মা, হোরেন করিগুম্বনে,
লাইরবীগী ময়ুমদা খম্বা য়াদ' থোক্ল'দি
ইমুংদগী চিংথোকপা, লোখিবদি কদায়নো !
থম্লুবদৈ 'নম্মনা ! -য়াম্মা, চুমই ইনম্মা।"

হায়না খম্ব-থোইবীনা পোৎ অপুম্বা লোইশিনখ্রে ॥
পোৎ লোইসিনবা লোইরগা থোইবী মাখা—"ইনম্মা !
ইবেম্মা ?—মুক্-অমতা পিবিয়ু্বা ইনম্মা
করিগীনো ইবেম্মা, মুক্ কানবা হায়বত্তুদি,
অসাই 'হান্-বা চংলকপত্তুদা কানগদবনি।
হৌজিক্তি কৈদৌননি ?—মাত্তুগী নত্তে 'নম্মা !
করিগীনিনা 'ত্তুদে ?—সগোন অসে মুক-তুমা
মখোং অসি য়ৈথেক্কে !—ইমাই-পেম্মা মাংঙেনা,
হিঃ হায়হৈদে ইবেম্মা।—করিগীনো ! কিজরে,
কৈদৌগেনে ইনম্মা ?—করি বানো ইবেম্ম,
লাংগোই মাগী কুপানি, মায় মনমদা পোত্তুনা
থিনবিরকই-বনিদো ! হীঃ ইবেম্মা হায়হৈদে !
পুজাত্তুম্ তৌজরুসি লাও !—হিঃ চুমইনা ইনম্মা,
ওস্থোকপনিদা ঐদে পূজা তৌসি ইনম্মা !!"
হায়নত্তুনা শগোন্দো পূজা তৌরে খুরম্মে।
বোর নিরে লাংগোইদা। সগোমত্তুনা "ইবেম্মা,
মুংঙাই-য়াইফা মরাংকাই পুন্সি তোলোই পাল্লুকো !"
হায়না বোর পিবিরে। মচেনা মৌপুবাদা—
"লাংগোই পুক্লি থাদোকউ।" তাকপিবদা খম্বনা,
লাংগোই পুক্লি থাদোক্লে। সগোন সোর হন্দোক্লে ॥
ইবেম্মনা—"ইবুংঙো ! শগোনত্তুগী শাবন্-দো
মনিং মমাং ওস্থোকউ।—হিঃ ইবেম্মা হৌনদে।—
ঐ তৌজগে।" হায়ত্তুনা থোইবী ইরেন্ চংখরে।
মনিং মমাং ওস্থোক্লে তাস্থোরক্লে লাংগোইদো ॥
ঙাঙৌ পাৎতা সগোন্দো লৈখ্রে ইরেন চাত্তুনা।
আসোম্-দনা নোংবাম্না ইরোই বাখোং য়োবদা
সগোন থোংগুন মাংলক্লে। পালা হিদেন য়োবদা

নোংবান ঙহাক লেপউরে। "ঙসিগীসি করিনো!
থোইবীবু নত্ত্রব্রা" হয়্যা খল্লি নোংবান্না।
থোইবীগী মপায় মনাই তবা মঙা থুংঙরে।
নোংবান্না উরদুনা—"ইয়াম্বা নাইজহন্বা!—
'থুংঙো সেল্লুংবা নত্রা?- মানি, ঙসিগী সিবু!
থোইবী নত্রা কনানো?—ঙসি ঐনা তানবদা
ফংদবসি করিনো?—পাংদবনবিদম্বা!—
সগোন থোংগুন্ তাদ্রেনে?—লাইম্বা পুথ্রবোইদম্বা!—
কদায় লৈবল্লি তুদে?—'থোইস্থ খংদ্রে মাদুদি!—
অমুক্তদি খনবিযু!—অতৈদা চংলবদি
বেরা তৌনি হায়দুনা করিগুম্বা, খংদ্রেদো,
সনা কোমুং লোম্ দদুম চংলম-শাক্লমগদরা!
'থোইদি চংচরয়্যগে, রাথোক লাম্থোকলক্লগা
পুথোকপিন্থ 'থোইবুদি।" হায়রমদুনা ময়ামদো
চংদ্রে। বাবম পুম্বসি যুব্রাজ হান্না তারে।
মনাই তবা মঙাদা অয়াম্বম্থ হংখরে।
পুংখাই 'মগী মমুংদা নোংবান লাকএ কোমুংদা।
নোংবান ভাঙকক্তিবৈদা—"তম্মুম নোংবান কম্দোই?
ইচা মা-য়েক্তেদনা?—নাদে অজ্ঞা।" হায় নোংবান
নোংবান মানা তৌরকপা রারম পুম্বা হংগৎলে।
মপু সনা পুক্লিংদা "ঐগী দোষ লৈতরে,
পিথ্রে ঐদি লোইখরে অতৈ মতুং তাবদি
মূরা চাল্লি।" খনখরে। নোংবান মানা মমৈদা—
"থিবা খংদ্রে ননাই ঐ, তৌবগিদি নন্যাইনা
লানবা ভাক্তি চোরোন্দা। মপি থোক্পী মপীথোক,
অসোমদা করিগুম্বা ইবেম্মা লাক্লবদি
ননাই নোংবান ঐঙোন্দা পিমবিয়ু হায়দুনা

লাকচরি ননাই ঐহাক।" হংগৎলুরে কোংয়ানবা।
যুব্রাজনা—"দৎ-করি? নপাং পাংজদরগা!
খংনা খংনা করিগী সগোন পিরুই ইচাদা!
খংগনিদো হান্দক্তি! সগোনদগী থোইবীনা
তুরম্-তারম্ থোক্লবা ইচায় তুবুম অমতং
তেকপা-শোইবা থোক্লবা নথ্‌বাই লৌগে নোংবান-নং!
ইচা হৌজিকমক পিয়ু। থিল্লে নোংবান কদায়নো?"
হায়না যুব্রাজনা নাকন্দই থাং লাম্মকই।
ভালোইশিংনা পেনখরে। য়ানগে মক্তি নিংদবা
লাম্বা থাং-লাম্ অহুবু য়াল্লসনু খন্দুনা,
যুব্রাজ ভালোই তোম্বীনা থাং অহুবু ইন্সিল্লি॥
য়ান্দ-য়াল্লে খন্দুনা ওক্তা য়েৎপা চরৈদো,
নোংবান লৌথোক্লতুনা হাইরে মশা কন্দুনা
শিরে হায়না কোংয়ানবা হৌগৎতুনা চেন্‌খরে॥

৭

"মতম কুইনা কায়নবৈ মমা মপা ওইবগী
চংলম্-কৈদি হায়তুনা হংগে হায়না হংবনি।
ঐস্‌নু খুংই থোইবীদি লৈরম্মনি খৈম্বেদা
ঐমক্তা হেক চংলগে।" হায়না নোংবান অপাম্বা
লাকএ খুমন মাগীদা॥ ভাঙৌ পাৎকা চেংগৈগা
লোন্নবদা সোরোকী ভনন্তাদা চারম্মি,
নোংবান মাগী শগোম-দো। শাবন্ অমুবাতুনা
মবুকলোমদা ওম্বরে। নোংবান মানা উরকই—
ভোজোন্ কুবা নোংবাম্নি "পাক হেক চংতুনা থোইবী

চিংউবম্ভু য়ারোইকো" খনখিবনা কন্বনা.
সগোন মশক খংথিদ্রে। "য়াম্বা নিংজোল্-লাকপগী
সগোন অমোম অসিদি মচা পোক্লবোইম্লেনা,
মচা সিন্থু কারুনি! মচা অনি স্থবোইনা!
চাজেন. কৈদা মাসিদে! লাবা ভাক্তা ওইরিত্রা!
মুপা ফংবা তারেদা, থাম্না কবা সগোম্নি,
অমোম্ য়াওরম্নবদি 'মতং লহৌবা থোকই।"
মুম্না ভাং-ভাংলহুনা নোংবাল লাকই। সগোন-দো
মাগী মখোন তাবদা কেহে হায়না খোংহুনা
নোংবান্ তাম্না চংলকই। পুক্নি নাম্থোক্লহুনা
শাবল অমুক তাহৌরে। "খোক-হাই" হায়না খামহুনা
হুপ্নৌ খুদাপ অমতং ফোইরে উংলে। সগোন-দো
থেমহুনা কারে নোংবান। "ঐনা নংবু থাকপদি,
নোংজু মুংশা থাকতানা সজিক কাম্নি, অহুগা
খম্বা মাগী মমুমদা থোইবী থিল্লুননবা
থাক্ পোইরেকো নহাকপো? নংনা ফজরবদি
চেন্সিল্লুদনা ঐ'দা। তৌবিমন্ খংদবা শা।"
হায়না নোংবান শাওহুনা খুহুম্না থাই শগোন্দা।
লাংগোই মুংশা থিংখরে। হোন্দোরকপদা অমুক,
সোরদো ফুৎ-লাওরকই। "ফুৎপু হায় লবাই মচা
হায়না ফুরে অমুক্তা সগোন অহু থাদোকখ্রে॥
খোংকাপ খর চৎপদা ইপাক পাক্ল শাবন-দো
তারম্মে নোংবান শাওরে। চোংসিন্দুনা নেৎথেক্লে,
পান্মুরক্লে মমৈদা। খাওল ওইবা মফীদো
লৌথোকতুনা শাবনহু ইরেন পুক্লে পোশিল্লে।
খম্বে তাম্না চৎখরে॥ থোইবী' শগোন ফাক্লরৈ
খগদি ভাংবন 'মদা ফুম্ই, কবো-মনাইশিং '

'হুনা হুমাই হুম্লেম্ ই। মখাইশিংনা হুম্বদে
থাদোই সনা খুংমল্লা মনাইশিংদে লৌহুনা
খুমনগী তুং-ওইরপ্পা ইবেম্মনা লেপ্লু মা
হুমায় অতু হেক হুম্বা মতম অতু মক্তদা,
হোজংদগী নোংবাম্মা সংসংনা হেক উরকই॥
অনি হুনা ফজবা পুংয়ান য়েংবা শুমদরে।
হোজং ফল্লাং হোগাইহুনা নোংবান মানা য়েঙঙকই।
নোংবান মবুক অহুদা "লৈরেনা মুংঙাইরেদা।"
হায়না খনবদো মচিন থোকখরবোই। তারে
মঙ্গা ইবেম্মনদি। তৌহুম তৌগে হায়হুনা
খুমন নাক্তা থম্মিবা পাম্মা চহুম হুদগী
চহুম অমা লৌহুনা খম্বদা পি। খম্বনা
পাম্মা অতু লৌগেদি মথুং তিংথোরকপদা
খম্বে খুংতা পিদরে। "ঐ ইনজগে" হায়হুনা
লকক্ লকক্ তৌহুন খম্বে চিম্বান মপাদা
পাম্মা অতু থাংজিল্লে। হোজং লোমদা নোংবাম্মা
"ইল্লু ইল্লু খংগনি পাম্মা তু হেক ইনবদা
লৈতুমসিনা থাগেদো।" হায়না ফকই লৈতুম 'মা।
নোংবান মাদি খংজদে। মানা নিংবা ৰাহুদি
মচিল. লোইনা থোকখরে, 'সোমদা ইতা তাবম্মে।
খুমন চিন্দা থোইবিনা পাম্মা অতু ইনখরে।
উই উই হায়না নোংবাম্মা, লৈতুম অদো হুন্দরে
ময়াদা কোক্ হুকচিল্লে। প্রোক প্রোক শাইরে, ওথোকই।
"পাপী লৈতুম সি-ফাওবা মাগী মীচং চংইদা।"
হায়না মদোম শাওরমকই। মুংঙাইতরে নোংবান্দো—
"উই—! হাই হাই ইতাও খম্বা! ননাক্তা লৈরিব-হু,
নিংথোগী মচাম্নুপী নত্রা? থোইবী হায়বীদো?"

ছায়রম্বা লাওরকই। খম্বা খুমগে তৌবদা থাম্মে
মজা 'বেম্মা থোইবীনা। মুন্না ঙাংঙোই' বেম্মনা—
"হায় হায়, ঐগী ইমিংবু পল্লহনা কনানো?
কুম্বী কোংয়াং সুগুম্নু করি খুনগী মচানো?
নবুংঙো তাখিনি হাই! নংবু করম' মীনোনে!"
হায়না খুম্মে। নোংবাম্না—"নত্তে, নংবু কুম্বীদা
ইতৈ কৌরম্বা ঐগী মুপী নৎতরা নংবো?
নিংথৌ মচা হায়রিবা নহোয়গী-জাৎ অসিবু
নরম্চৎতি অসিরা?—হায় হায় তাজো কোংয়ানবা!
নংবু ঐনা কুম্বিদা ইতৈ ইতৈ হায়রবদি,
নখুবাক্তে নাম্থোকপা য়ানবদা হায়রহনা
মিৎতা উক্নুন চাইবম্মি। ইতৈ কৌবু কৈদোগে।—
কুম্বীদা ইতৈ কৌবা! ঐখোই য়ুমদা চৎলসি!"
হায়রহনা নোংবান্দো অতেকপা শাবন্-হুগা
ক্রোক্-ক্রোক তাল্-লোইনরক্লে ফন্-ফন্-ফন্ চোংলহন্না
ইশৈ ওইনা শকথরে। ইবেম্মদো মুংঙাইরে,
নোংবান মতৌ উবদা, চিন্ খুমহনা নোক্নরে
উরি ময়াম পুম্নদো। ইবেম্মনা নোংবান্দা—
"কুম্বীদা ইতৈ কৌব' ঐবু লৌব শকচরো,
'লৈতেং হোৎরে সরুদা, হোরৎ-হোৎরে কেগামদা!
ইকাইদরা চৎখরো।" লাওরে। নোংবাম্না অমুক—
"হায় ইতাও খম্বা নংবু! ঐনি নংনি খংদনা
করি'থমই নংগীদা! নং 'দোম্দগী ইল্লকউ
ঐনা ওক্তে অসোমদা। খুদোল্ লৈপাক তাদানা
ইন-ইন্দুনা পুখিগে। মপুরোই' শক্ থংদবা,
মচাহবু করম্বা মচানো!" হায়রে। থোইবী শাওহনা—
"তাররবা ইবুংঙো?—তায়।—হদি করিদোরে?

য়াম্না কিরুরবরা ? 'করি লমগী হাওনো হাই ?'
হায়বদসু হায়বিয়ু।—তাব কনা নুংঙাইরি
অনিং চংহুনা ঙাংবা ফত্তে হায়না তৌবনি !—
ইমিং থিংনা য়েংজগে সমু খোংগী লমন্দো
থোইবী ইমাং অসিদা লমনশিংউ ইবুংঙো !—
ফরে ফরে ইবেম্মা, হাই হাই ? হাওবা নংবু ইবো
করি খুন্দে নোন·হাই ? খালে 'থুম্বা থক্তুনা
য়াংলৈ 'য়াকপা ফংহুনা ঙাওরবরা হাও নংবো ?
চংলকউদনা ইবো ! হৈগাং লমগাং, কৈদেনো ?
পামেল উরুম খাংঙো লাও, হিদাক মনা পায়বো-লাও
দোলাই রেং ওইনিংদরা। ঐ সিজ মত্তৈনি হাই।
নবেম্মনিদনা সে ফজত্রা, য়েংউ হাওবা।"
হায়না খম্বনা অমুক লংনরক্লে নোংবানবু॥
নোংবান মানা "অচৎ-চা ! লাকচরেদা সরিসো !
ঐগী মূর্ত্তি অসিবু কয়ামুক থিরহুনা !"
হায়না নোংবান মতোমদা হস্থহুনা য়েংজরে।
"চুমই চুম্ ই," শাবন'সি সেম্মুং ওইনা উবোইরে।
মাদি ঐবু খংদ্রিনা। খল্লে নোংবান, অহুগা
মচিন থোক্লা—হাই ইতাও ! ঐনিনে ইতাও খম্বা !
সিজহুবু সগোন্না পংপু হেক পুথ্রমাল্লে,
পুথোরকউ পুথ্রগে, সাবন্ মে করিনে ঐ
চংলকঅরোই ইতাওবু।" হায়না নোংবান লাওরকই।
নোংবানগী ৱা তাবদা মজা ইবেম্মা শাওরে।
"ইবুংঙো মাসি পংঙাং ঙাংহুনা লৈগদৌরি;
শম্ খোংগী লমন্দো শিংঙো নমাও য়েংজগে।"
হায়রে মজাই'বেম্মমা। খম্বনা—"হাও চিম্ছিবা
মাসি মতা চাদেদা চোংবগা ফনবগনে !

নপা নপুগী মংলা থাবগী কুমৈরা হাই !
খংগনি নং ঙসিদি লৈরম্মুদো ।" হায়রুনা
চরৈ পুম্মুম তাখৎলে । খুমন অঙাং চোংথোকখ্রে ।
নোংবান্না—"হি মাঙেঙনা ! সমুখোং-লমল লৈরি,
খুমুনা মখোংদা কল্লি মাগী মম্মুম থোকই ।
মাগী কোম্মোংনি হায়না খল্লরুনা কোংয়ানবা
চেনখ্রে । সাবন অহুগা চেল্লকইবা মুত্তিদো
য়েংবদা কুমৈ ওইরে । খোংকাপ খর চেনবদা
পোরোম্ম লৌরে খোংদা, উক্থুননা তুরুরে ।
মনম্‌দগী শাবন্না মঙক শমদা নমখরে ।
উকং অকোনবা হুনা খুৎ-তৌনা চপ্‌ চাবদা
মঙক্তা খম্বা মাগী মখুৎনা মম্‌মে হায়না
নোংবান্না নিংলহুনা—"নাবা ইতাও লোজোদা !
ফাগি তৌবনি কৈনো ! শগোল পিথ্রিবহুনি,
লোজো নংগী দমক্তা ওকপিরুবনি ঐনা ॥"
ঙাহাক ঙাংলে মতোমতা । কনা অমতা খুমদে ।
"থাদোকউনে ইতাও" হায । উকংনিনা খুমদরে ।
মঙক লৈ'বা য়েংখৎলে কনা 'মতা লৈরমদ্রে ।
"উকং ওইরে লাকচৈদা মা ফাওবা মীচং চংই ।"
হায়না নোংবান শাওহুনা উকংহু খুহুম' মুরে ।
ইতোয় তোয়না কায়বে নোংবানগী মখুৎতু শোক্লে ।
নোংবান ইচোয় চোয়খরে "চিকপু চিকুই লয়াই-সে"
হায়না শাবন অহুবু অমুক হন্না শাওরকই ।
নোংবান্না খুমল-লোমদা মায় ওন্দুনা লাওরক্লে—
"হাই হাই খংউদো হান্দক ! তিঙিঙগুম্না লৌওনবা,
থাবানগুম মীপুক-হুবা কৈ খংগনি, থাংউ !
খম্বা নংনা ওম্মে-লো ! ঐনা ওম্মে লোগেকো !"

হায়রম্লগা নোংবান্দো চৎথ্রে মমায় ওন্দুনা।
কুম্বি ত্তেরা থাহ্নদা থোইবী ওকপা চৎপসি,
নোংবান মাগা থারগা নিপা তরা তরুকনি।
মরি অমা চৎথ্রগা মনাই তরা মাথোইদি
নোংবান নাক্তা লৈহৌই। নিপা তরা মথোইসি
হাইজিন্দুনা অঙোমগী মুংজেং পুখ্রি মপান্দা
ফম্মি রা তানরম্মি।—"করম্ তৌররিদনো!
কররিগুম্বা খম্বগা য়ৈন-স্থনহুনহুম্
লৈররিদরা কৈনো! হৌজিক অঙোম অসিনা
লাল্-হৌগদরা! ওম্মোই! থোংলেন মাবু কিব-দৈ!
নোংবানগী ফিগৈ 'মতং খংউবনা থোকত্রা।"
হায়নরকই ময়ামদো॥ নোংবানগা থেংনরে।
রা অপুম্বা তমখরে। শিবমক্তি য়াদবা
মনাই তরা মথোইগা ময়ুম লোমদা চংলকই॥
নোংবান মাগী মুমদদি মীনা পৈবা লোইখরে।
নিংথৌ মচা অমবু লাকপা হৌনবহুগী
হৌন' মথৈ লাংখরে। 'মগা 'মগা মায়োক্নৈ
বারি বাত্তাউ শারিবা, মহৌশানা নাপনগা
চাওবা অঙোম ওইবনে মীনা পোকথাইগদৌরে।
সৌরানা মাং থাহুনা—"অসাই' এৈনা হায়'হুনি,
মতা অমা তৌইনে, মাবু হেনবা ঙাক্ত'-লৈ."
স্থম্না ঙাং-ঙাংহুনা তরা নিথোই চংলকই।
নোংবান লাকপা উবদা ময়াম অহু হরাওই।
লাকএ লাকএ হায়হুনা চোংথোক্লরে ময়ামদো।
খুরাই লৈমা 'ঙোম্ নিংথৌ "ইমৌ সিজ লাকপিরে।"
হায়না জগোই শারকই। নোংবান মচন তোরোনা
'ইনম্মা সিজ লাকএ' হায়না জগোই থেক্লকই।

মিউতি মৈরা চম্ ই, ময়াম্ব যাবা লাওরকই।
নোংবান্না—"তুম্মিন লৈয়ু।" হায়রহুনা মৈগুম শাওই।
মপা মমা অনিনা—"করিদোরে, ঐখোইদি
সরিক পুবা মক্তদা যাবনহুম্ শিদোরে।
করিগীনো শাওরিবা! মজাইবেম্মা কম্ দোরে?
ছিঃ য়াওদেনা করিনো!—সগোন তোংহল্-লুবদে
ঐ' কোয়েৎ য়েংলিভৈদা শাজে থারুরমাল্লে,
খুজিজ' নাম্বোকখিহুনা সগোন চেন্দুনা পুম্রে।
থিবদা খম্বগীদা লৈহৌরে।" হায়রে নোংবান।
তিন্নম্মিবা অপুম্বা-কবোক অকাবা—সংবাই
ইশিং লুপ্লহু ভাইরে, নোংবান মবা ত্তাবদা
মীয়াম তিল্লিবহুদৈ অঙোম শাগে মখৈদি
মকোক্তা বজ্ তারে। অতৈদি চিন্ খুম্নরে॥
মমৈহুদা মপানা—"মপাই মনাই অতৈদি
খোংলা করিনা লাকই॥" হায়না হংই নোংবান্দা।
"থোং ভাক্তনি।—কয়ানো?—মরি মভা থক্-তনি।
মহোয়দি ভয় চংগ্রে যুব্রাজ মপাগীদা।
মখোই য়াওনা থিম্নবনি, ঐ' হায়নিংদ' তৌবনি।
পুরকপা য়াখিদরে, ঐনা হংউবহুদা
থোইবিদি 'চুমই' মহায়। খম্বনা থিংগ্রে। য়ামগ্রে,
মোইরাং হায়বা অসিদা শাগে নাতৈ পিকপদা
মরুপ সংগ য়াৎপসি নোংবান ঐনা মহেল্লে!
বনা লৈতবগুম্মে॥" হায়না কপ্ ই নোংবান্দো।
মপা অঙোম নিংথোদা। অঙোম নিংথৌ শাওখরে।
ভাবনা শাবা অঙোমগী নোংদোন থকী হুরানা
কিম্বহুনা মাংখরে। হুগী উকুল অহুনা
অঙোম কোপ্লুং মরখরে।—"করে নমহুনা-কানি,

মাগুম্বা লমজানবু ।” হায়না অঙোম নিংথৌনা
ঙসি মুমদাং অসিদা অঙোম শাগৈ থোক্লে, তিনখরে ।
শাগৈ পুম-তিন তিন্‌বদা অঙোম নিংথৌ লাওরকই,—
“মজাই 'বেম্মা লৈর'দি ঐদা মত্তে, থোং থোংপা
অঙোম শাগৈ লেম্‌ইদো । মীনা সুম্‌ ঙমখ্রবদি ?
উশিংলরোই মতুংস্থু ! করম ভৌসি হায়বগে ?
ঐখোই ইহাক থক্কিদি থম্ব্‌ থমখরহুনা
অঙোম হায়বা অসিগী মতুং ফাওবা মাংবনি ।”
রাকম অসি তাবদা অহুক য়াম্বা অঙোমদো
পুমহৌ ওইনা হৌখরে । “নম্‌দনা কাসি” হায়না
ময়াম চপ্‌-মাম্নখরে । ময়াম চংপা হায়বসি
থুরৌ ওইনি মখোং মনিং শিঙ্‌ঙবা
নিপা চহুম খন্দোকলো হায়না নিপা চহুমখক
খল্লে । হরাওরে নোংবান—“পাবুংথোইগী বুদ্ধিসি
মপুং ফাইদা ওল্হোক্লা অসি মক্তনা ওইরে
অঙোম নিংথৌ ওইরিবা ।” হায়না নোংবান মপাবু
লমাই মদোম থাগংলি । মপানা —“মানি অতো
ইপাথোইগী বুদ্ধিসি লৌজো তমজো নোংবান্‌-ও ?
—মানি নোংবান অপানবা । নহোয় নহাবোম্‌-সিনা
অহন 'থোইবু থানদে । থুরাথোইনা নখোইবু
হায়রিবা অসিনি “অহন-থিনা চফু মেল্লি”
হায়বহুনিদো ইবো । মাগুম্বা লমজানবু
ঐখোই' লাকচগদবা । মহোইদি মচিন মৌপ্‌া
অনিদনি কৈদৌনি ! অহিং অথেংবহুদা
ইক্‌-য়াক্‌ ফাহুনা হেকতা, লোইরে থঙ্‌ঙবরসে ।”
হায় অহন ওইব'মনা । “মানি সিদা গ্নৌরকউ
ঐনা থোকপা তৌগনি ।” থুমই অঙোম নিংথৌনা

'লিন্ উত্ত্রিথৈংলা চৈথোক শাংবা উর-চৈথোক তেনবা'
অঙোম কাংবু হৌরক্লে। ইন্নুং অথেংবসিদা
সিপা চহুম চাক চাপ্রে থোরাং পুম্নোই লোইরক্লে॥
অমরোমদা খুমনগী লাইর-খাংপোক-সংদনা
লাইরবীদি মচেম্না খুমন মাবু কৌথোক্লে।
ইবেম্মবু ইকাইজে; লাইরবা হায়সি তোল্লি
খনখিগনি হায়বগী, তাহন্নিংদে থোইবীবু।
মচিন মৌপ্না তানজে। অসি মতৌ উবদা
মজাইবেম্মা চংলক্লে। "করিবোনে ইমম্মা!
ঐন্নু তাজগেগবা! লাকএ হৌজিক্তি ঐন্নু,
অবাং-অপা করিনো করি বাংলু-গদগে।"
হায়না হংই থোইবীনা। "চুমই য়াম্না ইবেম্মা!
লোংবাল-অদো লাক্-অম্মে, শোইরোই অহিং নোংমাংদা,
তৌবা ঙম্বা অঙোম্মি শাগৈ চাওই মোইরাংদা,
লৈপাক মীয়াম খোমহুনবা লাকনিদো ইবেম্মা!—
খম্বা নংদি নথম্তা, ইচেম দোরা মুপীসি,
ইবেম্মম্ম 'হ মঙাই নুবা পাংগন শোনবীনি।
ঙা-য়োক চক্কু মুংদগী লেম্নে মাবু কাবগুম্
থোকদরা মাসিগী রাম ইবেম্মা, ইমম্মা।"
হায়দোরক্লে লাইরবী। খম্বা থোইবী অনিমা —
"চুমই" হায়না খল্লকই। খম্নমা—"ইমান-চাওবা,
ইপা থোংলেম্ তাক্কবা য়াদে 'বেম্মা!" হায়রক্লে।
মজাই বেম্মা থোইবীনা—'হুদি হৌজিক্তি ঙম্মি।
ইবুংঙোনা য়ৌবিরো।" হায়রে খম্বদো লাক্লে
থোংলেনবা মপাগীদা। মনাই শিংগা লৈরম্মি।
খম্বা মপা খুমম্মে। থোংলেম্মা—"পাম্রি খম্বা!
ইপাই বুংঙো—করিনো! —ইপাই-বুংঙো!—করিনো?

লাকথোক্তনা অহিংদা ? অজ্ঞা !—করিনো খম্বা
নচে_ না-য়েকপবনে ?—মা-য়েক্কে ! -করিগীনো ?—
ননাই ঐবু" হায়দুনা নোংয়াই খুমজরকপদা
থোংলেনবীদো থোরক্লে। খুমন, মচা ওক্লরে ॥
খদাং চিন্দোল চুপ্লরে খজাই লেংলৈ নাম্লরে—
"করিগীনো ইবুংঙো ?" হায়না হংই থোংলেনবী।
খুমম্না—"ইমাইবেম্মা ! ননাইশিং খুঙঙরে !—
কনানোনে ইবুংঙো ? নপায়দগী নংগীদা
কনাগুম্বা ননাইশিং করম্বা লাক্লবগে ? -
থোংলেনবনা—"করিনো ! ইচাগীদা চৎপবু,
ঐ'দা লৈমিংত্রবম্থ ক্ষোংনা অতুম মচৎখো !
কনা কনা চৎখরে ? পুম্মক ওক্লা চৎচখো।
খর লৈহো' মখেম্থু—লোইনা 'মুম্ম্ পুজখো।—
নত্তে, ইপা ইবুংঙো ! কবো-দৈ থুংত্রবনি !—
হাই ! ইমৌ সিজ থোইবী খুঙঙরে ! করম্ দৌনা ?—
মনাও-বুংঙোই-য়াথংনা ওকই হায় নোংবান মানা
কুম্বিদা। অতুদগী সগোন তোং'না চেল্লক্লে।
অসাই নুমিৎ তাবদা থুঙৈও। নোংবান লাক-অম্ ই।
খংগ্রে, তুগা মানা—খাংউদো খংগনিদো—
হাইরমই। তুনা, করি বাহৈ করম্বা,
ভাব লৈবগে হায়না খন্নবদা ঐখোইনা
অহিং কাগে পুনগেদি হায়বা গুম্বা অর্থনি।
ইপা-ইকু অনি-লৈ ভানজগে হায়দুনা—।
ইচেতা মঙাইহৌই ঐদি থিনবম্থ য়াদ্রে !
পদ্মৌ য়াথং অমতং"—হায়না লেপই খম্বনা ।।
"হাই হাই ! ইপায় তোলেন-তোন্ !—অজ্ঞা ! -খুমন্ ইবুংঙো
ইপানা শমুখোংগী লমন শিংগে নিংববু

হাক্সক থোক্লে ইবুংঙো। অমোম তুম্ন শোইগেদো।
লাইরেকনু শাজোবা। লোইনা পুখো ইপাগী
লৈবা ইনাই মথেসে।" হায়না থোংলেন হন্নাওরে।
খম্বনা—"ইপায়-'বুংঙো থিনবদি য়াদ্রে।" হায়রে।
থোংলেন্না—"মুবা!—অজ্ঞা!—থিল্লে, নিপা 'ছু
চামদং চাওবা মপা মচাদা, মুবা থিল্লে!"
হায়। মুবা থিন্দে চেনখ্রে। মোইরাং-চাওবা নোংথোম্বা,
মচা কৈরোইজাম্বগা থিন্দে নিপা চামগা,
মুবা লোইনরম্বুনা মমান-চাওবা থুংঙরে।
থোংলেন চোংসিনখিজুনা মতাও মখোং কোন্দুনা,
নোং-খোংবগুম কপখরে।—"কব্নি দৌরে অথৌবা!
য়েৎনা ওইদা খুন্নম্বা কব্নি থৌদৌ কৌবগে!"
হায়না চাওবা থোংলেনবু লোক-লৌ কোম্না চিংখৎলে।
কৈরোইজাম্বা থোংলেনবু খুরমজরে। খম্বসু,
মমান চাওবা খুরম্মে। মবাইবুসু খুরম্মে।
নোংথোম্বনা—"ইতাওবু ঐ লাকঞ কব্নিনোমে?
হায় ইতাও! তাকপিসি!" হায়নৈ চান্নৈ অনিদো।
তোংজৈ অমতদ-দি হিদাক থকমিন্নবকই।
বাম্রম পুম্বা তম্লরে। বাকম অসি তাবদা
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা মতাও থোংলেন মাংগোন্দা
নোকথোরকপা মীনোক-তু খম্বলা-বু লোক্চপ্তা
তম্বা কাংনা থা-গুম্মে। হৌরে নিনখরে ঙকখ্রে।
পজেং কীয়ান পিখরে, শাবোৎ লাম্পোৎ শেমখরে,
কৈরোইজাম্ববু য়ুমগী থোংলেন মনাই-মুব-বু
লমগী সনাপ্তী হাপই। নিপা চমি পুদুনা
কৈরোইজাম্বা খম্বনে, মুবা অহুম'-চিংদুনা
তেংগোন মচা অমতং খুমন য়ুমদা থুংখরে।

ময়াম অসি উবদা লমজা খম্বু লাইরবী
মুয়া পুক্লিং লুমজরে থোইবী জগোই শাখরে॥
খম্বনা—"ইচে ফীদা ইবাইগী" হায়রকপদা
থাম্মো খম্বু ফীদাদো কৈরোইজাম্বা ফনখরে।
থোইবীনা ভক্তি কৎলে। "নুংঙাইরেদা ইবেম্মা!"
হায়না কৌজে থোইবীবু কৈরোইজাম্বা সেলুংবা।
থোংলেন চাওবা খুড়ংরে। পুরেম্বগী ফক্ষমদা
ফীদা থারে অনিগী। পুরেম্বদি মপানা
থকচবম্বা হিদাক-ফু নাম্থোকচরে থারুরে
চাওবা থোংলেন মাংহুদা হিদাক হাল্লে কৎচরে।
থোংলেন্না—"খুমন চনু ইবেম্মা! থম্মোই কায়রে
ইপা থোইদি ইমা-ও! উকু গোক্তুম থোকহোরে
লক্কা হুগুম হুহোরে। মমা মানবী ইমা-ও!
ঙাক্খৈরেমা পুরেম্বা! ইচল-ইতাও অনিদি
নচা নমৌ শিংসিগী মতৌ অসি উত্রেদো!!"
হায়না কৌনা কপখরে, কৌরৌ নোংথোং য়েংহুনা
চাওবা থোংলেন্ অনিদো। মচা শিংসু কপখরে।"
মাহায় প্রেম-সি উবদা মপোকঙৈদৈ কপ্পবু
মমঙ্ ওইনা থোকপ্রবা থোংলেন চাওবৈ মনাইশিং
কপই। পেহৌ পেহৌই। পি তাদবা য়াওখিদে।
ঙাহাক অহুম লৈরুরে। থোংলেন লাম্থোং শিল্লক্লে॥
নিপা হুম্ফু অমমা অচা অথক্ হোল্লকই।
মুপী কাংবু অমনা য়েল্লি অচা অথকতু!
দেহুতিনা ইংথোন-হু মুংথিন গুম্না ঙাল্লক্লে।
অউবা লৈকাই মীনা—"হী করিনো অসিদে,
মীনা চগা কাখরে, চাওবা থোংলেন-য়াওরি হাই!
অঙাং মুবী থোকনু চোইথোকনু ইচাশা!"

হায়না মচা মম্বু খাম্নে পুম্ংঙক্ ঙক্লরে।
চেম্নোক চেম্নোক্লহনা লোম্না লোম্না য়েংনরে।
মপা থোংলেন মহাক্না নিংদোন নিংদোন মুক হাংবা
হুইজাও কৈমান্ মখিনা ইংখোন চিথেক মখিদা।
নিপা নিপাম নিপাম্না শেম্নে, খাম্ন থমখরে ॥
নিপা হুক্ষ্ অমনা ইমুংদগী কোম্মোং কাও
পরেং শানা সিনখরে। খুমন মাগী পম্লিকোম,
চাওবা থোংলনগী মনাই মিকুপ নাহুম্ শিংলবা,
মম্নাম শিন্না কোয়খরে। ম্বনা কোম্মোং পুখরে।
কৈরোইজাবনা মাংগোন পুরে শিনবা লোইখরে।
অহল্ অনি হনখরে। ইম্নুং শিংপা মুংশিংনা
লেংব লাকপা য়াখিদ্রে লাংনা অমা ফাওববু।
লেংজরকপা লাংনাহু ফুদংতুনা শিংমা-শায়।
মুংশিং নাকোই শিংখরে। "লাবা ওইরগা হাংলু
অমোম ওইরগা কল্ল" হায়নৈ কৌজেং অম-ফাও,
লাবা ওইর-হন্দোকই মঙক হেকত্তা লৈথেক্ই।
অমোম্ শিংবু হুঞ্জিল্লি পম্ংলোমদা ময়ামদো।
কৈদৌঙৈদা করম্না লান-বু 'মুক-তং হায়হনা
ঙাইজরবা কাংবুনি হরাওবনা লোইনরে ॥
কৌজেং অমা ফাওবম্নু পাইসিন্বা ঙম্লখিদ্রে ॥
অঙোম কোম্নুং অচৌবা মৈ অমত্তা থানখিদ্রে,
তুমিন তুমিন লাংখরে। লাংবা পুম্নোই লোইখরে।
নূম্না সেম্নু মতাম্নোই ইবেম্মবু নিংজবী,
মোইরাং তমপাক য়ুম'হুদা মদোম্ন লৈবা ঙম্মক্তে।
য়ুব্রাজদা চংলক্লে—"পম্মৌ ঐগী ইবুংঙো!
ঐবু লৈবা ঙমদয়ে চংচম্নগে ননাই ঐ?—
ইমোম সেম্নু কদায়দা?—ইবেম্মগী মনাক্তা!"

হায়না কপই সেন্নুনা। যুৱরাজ কপ্লকই।
সেন্নু কৌবী মনাইনা মবেন্মবু মুংশ্রিবা
মাগী প্রেম-তু উবদা।—“মান্না করে ইবেন্মা!
নবেন্মদি অসিদা লাকনি হায়বা ইপা।
উত্রে সেন্নু চংলোকো।” হায়না মাথং পিখিরে।
লমগী চেক্লা-চাশিংবু চেক্লা পোন্দা থম্বু
থাদোকপিরকপগুম্না হুরাওজরে সেন্নুদো॥
“চংলগে লোইনা পুগে, ইবেন্মগী পোৎ মথৈ”
খল্লদুনা সেন্নুনা নিংঙোন কাদা চংলকই।
খন্দা মোম্পাক মোন-কাংখন্‌, লোইনা পুময়োম য়োমসিল্লে।
পুনশ্রে লিমোন্‌, থোরীনা। য়েন্দায় লংথোক তরেং-ফাও,
সমুক পাংয়োংগী পোৎ চৈ, চিংখুবগী ইমুংদো
কোম্‌গোম্‌, ভোরে, হাংহৌরে, পোৎ মথৈ লোইনা য়োম্মে।
সেন্নুই মতৌ উবদা ময়াম অতু ঙক্লরে।
লোইনা থোক্লা য়েংনরে। যুৱরাজনা—“সেন্নু!
নংগী পোৎ অসিবু করম হায়না পুগদগে?—
ইপাই ’বুংঙো ননাই ঐ ইবেমমগীনি হায়বা
খল্লুবদা অমতা থনম্‌জনিংত্রদুনা!”
হায়, সেন্নু নিংঙাইদে। মনাই সেন্নুগী শক্তি অসি
য়েংনিংখরে যুৱরাজ—“তুদি সেন্নু কমদৌনি!
নবেন্মগী অচৌবা পুখম মরি লৈহৌরি?—
পুথোকপিরকউ পাবুং,—পলেম তোন পুবিরকউ।”
হায়রে সেন্নু। তোম্বীনা পুখম মরি পুমক্লে;
থরগনু পিনিংলে, যুৱরাজ য়াথংনা
অচৌবগা হায়থরে হাকজবদা খুৎপু,
থাজিনবগা মান্নব্রে। চাওরবা পুখম মরি
খল্লদুনা তোম্বীনা কোকথোং নান’ থোরকই।

পুখম হাপ্‌কম্‌ লৈরমদে। সেম্নু ঙবোং ফীবুম্‌ 'মা
মখাংদা থোক্‌ য়েংসিল্লে, পুখম মরি থেংখরে
খাংদা ইকোয় হেক কোয়না। "সেম্নু! তেংকোংতি?" হংই।
"পিবিম্‌ ইমাত্তোন" হায়। তেংকোং মরি অতুম্বা
মনা পাল্লে অম্বগা পোংয়োম্‌তুদা য়ানসিল্লে।
সেম্নু মুমিং অসিদা তমপাক মুমগী মীয়াম্বু,
মাগী শক্তি খংহনগে হায়না নিংল্রে নুরাদো।
ময়াম অত্থু নোক্লমই মাগী মতৌ অত্থুদা,
পুনিংতুনা তৌবনি থিনবু থিনবিগদবা
সি ফাওবা নিংমরকই। "ঐদি চংচরগে!" হায়।
মপা মমা খুরম্মে—সেম্নুনা পোংয়াম অদো,
তেরা মফোন থাংবগুম খুদোংননা থাংগৎল্রে॥
ইয়াং য়াংনা চংখরে। ময়াম অত্থু নোক্তবে।
তিঙক তিঙক য়েংনখি বা অমত ঙাংনল্রে॥
সেম্নু মতৌ উবদা ওস্লোকপা বাখন 'মবু
খল্লুরগা এংখু, সে বা'মা লৈরে।—ইবুংঙো!—
সেম্নু হায়বী মুপীসি থোইবী নাক্তা থম্বদি,
চুম্ম-রোইদ মাল্লেনে!—করিগী ওইরবনো?—
করিগুম্বা নিঙঙাইকা তৌনমুংতু থোক-ওদো,
ইচা থোইবী হিঙঙরোই! য়েংউ মাগী শক্তিসে!—
কম্নি য়ানো ইবুংঙো। মুম্বা শক্তি লৈবিগী
মরেম্মনি ইচাদি খনবিগনু।" হায়জখি।
থাংজিংনা সেম্নু মাগী পোংথক্তা তোংল্রে, য়েংই।
থাংজিংনে পোংয়াম্‌-তুনে সেম্নু পুতুম্বা লাকই।
লম্বী অত্থু হেক কুল্লি। সেম্নু মঙক অতুমক্‌
গেগে লাওনা পুরকই। পোংচাও 'তুগী বাক-য়েত্তা
হুইত্রি অনি পুন্সিলে খুদৈসেন থক-খা

অনিত্থগা য়ান্সিল্লে। তেংকোট মরি অত্থুনে।
পুখম মরি অত্থুনে খাংদা পুম্লং লংবনে।
থাবন মুৎলি মুৎলিনে নোংসু মংই মুমিংত্তো।
খুম্বাই অমা থরক্তা—পোৎ-বাং 'থুগা লাকইবা।
মুবা অদো উইরুরে। খম্বে হোজং অত্থুদা
সেম্নু চংলকপত্থুবু মুবা খংদ্রে পাখংদ্রে।
কিব-খংবা লৈত্রবা মুবা "অ্যা:" হায়ত্থুনা
চৈথুপ অমা পায়ত্থুনা চোংখৎপদৈ মুব-দো
চপ্-লেপই। চেন্সিন্নরে ময়াম্। ফৈরোইজাম্বসু
চেম্থোরক্লে হোজংদা।—লাইনি লাইনী! ইবোশ্যা,
লাইশক খংবরা?—খংই!—করি লাই কৌবগে?—
ইংখোনসিগী লাইনিনে, মহৌশাদগী থোকই,
লমথম্নি; নোংবানগী লান কম্থোককদৌরিবনি।
মী চংউন্নু থনখিনি। হায়নৈ ময়াম হন্দোক্লে॥
"ফনেক শেৎলি অমোম্নি। লম্থল-লৈশাবীনি" হায়।
খম্বে হোজং চংলক্লে। ময়াম অত্থু কিবিদে।
লাইনি লাইনিদা মহায়। মাং খংবা মখৈ অত্থু
থৈদোক থৈদোক লৈহৌই। সেম্নু মানা মত্তোমদা—
"ইমাই-পেম্ম-বারেদা" হায়না শোল্লি। ময়াম্মা,—
"সেম্নুনি, হাই-সেম্নুনি" হায়নৈ, খংনরে + রেংবৈ—
"হরে হরে ভকপ্রেদা খাম্রি' ত্তৌরিবসিদে।"
ময়াম সুম্না নোক্লরে। ফৈরোইজাম্বনা—"মুবা!
ঐ চংলে।—ইবুংঙোবু, ঐঙোন্দা পিনরোনা?—
করিবুনো করিনো?—সেম্নু সিবো?—কৈদগী
ঐগী ইতিক নৎচদে, মংনা থোকপা সেম্নুদা।"
হায়রম্লগা চংখরে। "সেম্নু!—তা-মুবা কৈনো?—
ঐ থুক্ সিনবিগেদনা?—নত্তিক নত্তে তা-মুবা।"

হায়না সেন্থ চংখরে। দারি মচিন য়োংখরে।
কৈরোইজাম্বদো গুকই। হোয়নি মায়নি হায়দরে,
ভিংদম্ য়েংন-লৈথোক্লে। সেমুনা—"হা ইবেম্মা!
ইবুংঙো-'বেম্মা 'নিবু উনিংহুনা লাকচরে।"
হায়না কৌজৈ মপান্দে। থোইবী খম্বা অনিমক্
থোরক্লে, সেমুই পোং-ভু অনি চংনা থাখিরে।
অনিমকপু খুরম্মে। ইবেম্মনা—"সেমু-ও
করি অমুক য়াম্ববু পুরকপগে নহাক-তে!
নয়াং কংলে ইতারোই চারমদরা-বোইরেকো।"
হায়না সেমু নাম্মুনা মনাই কোনবিরে।
মবেম্মনা শোকপদা লৈগুম থোংলি সেমুদো,
পলেমশিংগী তমপাক্তী নাম্বাদোগুম সেমুদো
হিক্ল হিক্ল কপচখি। "বাবা কোক্লে ইতারোই!
কপ উরমু।"—হায়হুনা থেমজিনবিবে মনাইবু।
নুরা অনি উবদা মুংশিখবে খুমন্না
"সেমু বাক্লরগমু" থেমজিনবিরে খম্বমু॥
অতৈ পোংচোই থাদানা ঙসি সেমু' পুরকপা
মোমপাক তনা অহুম্নি। খুদা অমা থোইবীগী,
অমনা খম্বগীদা, মতৌ সুম্না লোইশিনগ্রে।
লৈপ্পাক মীয়াম অসিন। অঙোমগী লান ভাইরকই।
থোংলেমগী মনাই শিংসি লানসি 'মুক্তা হায়হুনা
ভাইবদা ঙসি তৌনি হাযবগী হয়াওনা লৈ।
ভাইওমকত্রে থোকনিঙেঙ॥ নোংয়াই মতুং ওইরক্লে।
পুং অহুম হেক্ তাবদা অঙোমগী লান হোরক্লে।
লানগী মীনিন্ তারক্লে। "মীনিন্ তারে লাল্ লাকএ।"
মুবা শেম্ শাবা লোইরে। "লাকএ-লাম্নমু—
থোংলেন-থোংলেন্-ভাক-ভাইবা থংই লাম্নাদো ঐমা!

লুমসি! হোয়েন খর হেনজিনখরবা ময়াই
ওইনা চোংশিল্ল্ কন্ কন্। দম্ দম্ হেক্তা কুপ্থবা।
হাংলবরা হাই ?—হাংলে।—তুরবরা হাই তুরে।
লুম্না হায়নৌ; থোং-থারো!" হায়না মরাম থোং থারে
থোং ইহাং হেক হাংদোকই। অতুক য়াম্বা মীয়ামদো,
চেক্-মোক মক্তা লাওনদে॥ থোংবাদগী মী তরেং-খক্
হেজিনখরে মুবনা লৈপাক্তা দম্ থাবদা,
"হাংলবরা ?" লাওরকই—"হাংলে!" অমনা খুমই।
শিরে হায়না লাওসিন্নৈ! সিদৈ-কাইহুনা চেনখ্রে।
গ্রং গ্রং ময়াম হৌবদা—নিংগী অহুনা কাইখ্রে।
তরেং পন্নুংদা তারে। হুই মরিহ্ থাদোক্লে।
মরিহুনা তাম্নরে, তরেং থোংবান চোংবদা
অনি অনি অহুম্না অমনা অমা লাকএ।
ফারে ময়াম থংতুনা ফারে মকু হুথরে
ফুবে ময়াম অহুনা। "ননাই 'থোইবু জীবনি
থরাইতদি কনবিয়ু?—দৎ কব্বিগীদি লাকই ?—
ইরাং মতং য়েংসিরা হায়না অসুম লাকপনি।—
ফরে তুদি লুমদোরো, নহোয় মশেন য়ৈনরো!
তাৎ-তৌব'দি ঐ য়াওই" হায়রে; মুবা তরেংতা
চৈ অমমম্ য়েনবিরে। অহানবদা অমনা
খিংতং ফুই, অমনসু খিংতং ফুই, মুবনা—"হাই!"
হেক হায়বদা অমনা খুবিং-খবাই ওইনা—"তাক"
কংলে মখৈ ফুরুরে। অমহুসু কন্-মখৈ
তাক-তাক হেক ফুরকই। তরেং অসি থারুরে।
মুবা মানা ফুবনা খিংতুম শাকরমগনি
অসি য়োম্বা য়ৈনরে। ময়ামহুনা "তালো হাই!
অঙোম খুপ্পু অসিদি মীচং মশেন থেংনবা

তাঞ্জাদদি ফগ্রেদা।" খুবাক খুত্নদা মোকই।
মহৈ মহৈ লোইনরে, পোপ্-পোপ্ তুনখরক্লে।
মুংশিরক্লে মুবনা—"হাই হাই নিপা তরেৎমক!—
অজ্ঞা মুবা তাকপিসি।—অজ্ঞা হায়না মহোয়সে!—
ননাই ঐখোই ঙাওরুবে! লাঞ্জিং পুরেম. তাকপিসি।—
চৎলো চৎলো।" চৎচগ্রো হেক হায়বদো তরেৎমক,
হৌখিবা অঙোম মুংজেং, ম্নৌখ্রে পুখ্রি মপান্দা॥
অঙোম মচা খরদং পুখ্রি মপান অসিদা—
"তবেৎ অত্নু ফাহোয়ে। চোপ-হেক লাওই থাং য়ান্দো!
অরোইবনিদো মাদে।" অম্নম্না ঙাংনরমই।
তরেৎ অত্নু উবদা—"লানএ শিবদি শিদে!
কমদোই তম্মু তাসি।—তমগে ঐখোই ওইবগী—
অতৈনদি কৈদগী! থাং হৈখ্রেদা মুব-সে,
ঐনা য়াল্লি মা' ঙাকই, মানা য়াল্লি ঐ' ঙাকই।
মহোয়নদি মীয়াম-ওই, শোকইবসে থাং-দোন্না।"
হায়না তরেৎ অত্নুনা উৎলি অশোকপা শিং-তু।
নোংবান্না "চুমই শোক্লে।" হায নোংবানম্নু য়াওরম্মি।
"মীদি য়াম্না য়ামগ্রবো?—য়ামদে চনি রোমদনি।—
তুদি ফোংনা ফাবরম অত্নুনত্নুম করম্রা?—
নোংবান নহাক থকীমা ঐখোই শিবা ঙমখিরোই
ইচা পিশক পিশক-ঙাক য়াম্না লৈরি অপাম্বা।"
হায়রে। মী লৈরকতবে। নোংবান পাংগল লৈতরে
মশা তাবা পোম্বীগুম মতু ইপোন পোনখরে॥
থমোই উইন্ অত্নুদি য়োংকী মুম্বী নদোগুম
নোপ্তে, লেংত্রি কোংম্নানবা। "ফরে অত্নু মঙাইবে
হয়েং ইমুং ঙানবদা লাওগে কেগে চৈরাপ্তা
লাওগে তুগা লোগে।" লেপখ্রে নোংবাম অপাম্বা॥

অঙোম নিংথৌ মপাগা অহিং অসি তানরে।
উপূ চজুম থুগাইরে। লুপা তরেৎ সেঙ্গানা
নোংবান মখোং ওইহনা পুখম' মশা ওইহনা
কেগে চৈরাপ কম্মিবা 'তম্বা থোংজিন পাইরক্লে।
নোংবান্না সেন ষেনবদা থাংগরাকপা মঙোন্দা
ইকোন কোম্না চংলক্লে। নোংবান মতৌ উবদা
"করি ঝাগো কোংয়ানবা! নংবু পোকপা নপাদি
কেগে কম্‌থোন পুম্বগী কমগী মকোক ওইবনি।
মাগী মচা নোংবান্না তরেৎ সেঙ্গা পুহনা
অঙম থোংজিন চংবদি হৌনববা। খংদরা!"
থাংগরাকপা ঙঙকই। কোংয়ানবনা—'চুমইদা!
ইপল্-ইবুংঙো চুমগ্রে! 'ইচা ওকউ' হায়হনা
মপু সনা য়াথংনা থোইবী ওকপা চৎপনি।
মানা দোলাই তোঙকই ঐনা সগোন্দা লাকচৈ।
হরাও হরাও লাকপনি মজাই বেম্মা ঙসিসি।
ইরোই-বাগী লমদমদা পালা হিদেন মক্তদা,
মীসি য়াংথে মুক ওইনি কন্-কন চোংশিল্লক্লুনা
থাং-তা পাইবা য়াওরকই, হাৎকে তোরে ঐহাকপু।
মীওইবগী হৌনবা য়াইবী পাম্মুবদগী
কুম্বিরোমদা চেন্থে ঐ। মজাইবেম্মা থোইবীবু
চিংথৈ দোলাই থক-তগী। ইতে নোংবান হায়গে-হেক
হায়গে লাওগে তৌবদা, ইক্-লাওনা তোকখিবনি,
কৌবুন নমহনা পুগ্রে। নিংথৌ পানবা লৈবাক্লি
য়াদেদো লান তৌবদি। তৌরবসু চৈরাপ্তা
নোংবান কোম্ন তৌজগে। সিগী লাকচরিবনি।।
হয়েং কেগে কংলাদা নমাই ঐনা লাওবদা,
'চুমই নোংবান্না হায়বা' মাসিতংদা ননাই ঐ

ইপল 'বুংঙোই চরন্দা।" হায়না নোংবান নোল্লকই॥
থাংগরাকপনা—অতো! কনা কনাদি য়েৌরে?—
ঙম তরা স্নুজররক্কে. থোংলেন-চাও-দা মঙাইরে।—
ফরে নোংবান অতুদি, চিংখুবম্ন নংগীনি;
লৈপাক থোম্বদি কদায়, বিচারগী অসিবো?—
মাসি ইপল, ইবুংঙো, মী থাতুনা কৌহনবা
তারেদনা কমদৌরি!—মাহু তোকও পুং-য়ৈরো;
কররিগীমো হায়রগা মবা লৈবা মুপীবু
ফাবগীনি খম্ববু দণ্ডি তৌগনি হায়ু।
নংমক্তি ঙমগদরা কংলা য়াইবুং য়ৈবদে?
য়ৈনি ইপল-ইবুংঙো। ঐনা খনবা নিংথৌদি
অরেম্বরা! য়ৈজনি।" হায়না নোংবাল লৌখরে
থাংগ্রাকপগী মরাদো। ইনুং মমৈদা হনখ্রে।
নোংবান ভম্বা লৈখিদে। লিংজেন থাবা কোংয়ানবা,
ইনুং কোম্‌গোম্মকপদা ফীরোই ফীঙাম হোংখরে।
সনা কোনুং ঙমখরে নিংথৌ চোরোম য়েৌখরে।
কোম্না শামৈ নোংবান্না—তুরে সনা চোরোন্দা।
মপু সনা য়াথংনা—"কররিনো হাই। কোংয়ানবা
তয়ুম কৈদৌরবগে?—অজ্ঞ ননাই নোংবান্দি
কেগে লৈপাক অসিদা লৈরুতুনা কৈদৌরি!—
হায়ু তয়ুম কৈদোরে।" নোংবান মিংতা পি হেক তায়
নোংবান্না—"ননাই ঐনা ননাও 'বুংঙো ম্না-য়াথং
নজাইবেম্মা থোইবীবু কবো লোইদৈ লাকপদা.
ওকচৈ কুম্বী পুংদগী। ইবেম্মনা দোলাই তোং
ননাই ঐনা লাংগোই তোং, লাকমিন্নজে হরাওনা।
পালা হিদেন য়েৌবদা নিপা য়াম্মে লৈরম্মে।
খুৎলাই ঙম্না ইপার-পার।—নোংবান হাৎলু হায়তুনা

খুজিময়কই সিদা ননাই ঐস্সু খঙ্গানৈ।
মীনা য়াম্মনখিবনা কনবা ঙমদ্রে, ক্বাথরে
ময়া ফীবুন নমহুনা নঙ্গা ইবেম্মা পুথ্রে।
ননাই খম্বগী মীনি মানা মকোক চিংলকই॥
সনা চোরোম মরুমদা পাঙ্গরিবা মোইরাংনি,
কল্লি কন্‌ফদবগী নোংবান শাগে চাওনম্নু,
হাংনা ম্হনা তৌফদে। সনা নোংদম্‌ তম্বিয়ু।
হংগৎখরে, নিংথৌদা। "তয়ুম নোংবান বা অসি—
অসিমক্‌পু কৌথিগে চৈরাপ্পা বিচার তৌনি।"
হায়রি মোইরাং নিংথৌনা। নোংবান মানা—"ইনিংথৌ!
ননাই ঐ সনা য়াথং কংলা য়াইবুং-য়ৈজগে!
কেগে চৈরাপ তিল্লগা শাগী লানগী পুং নত্তে,
ইমাক নোংবানগী দমকনি, লৈপাক্তা তাকপিয়ু।
খুমন ইত্তাও কৌহুনা বিচার অসি তৌবিয়ু।
ননাই নোংবান ঐঙোন্দা মঙ্গাইবেম্মা থাবিয়ু।—
কোন্না বিচারনা তাবা লাকখিগনি কোংয়ামবা
ঐনা হায়বা ঙমদেদো কংলা য়াইবুং য়ৈবদি
হায়ন্নু অনিরক হন্না।" সনা য়াথং তাকপিরে।
তৌঙমদবা নোংবান্না অনি'হুমক নম-নম্না
হংগৎপদা খুমখিদ্রে নিংথৌনা সনা মায়থোং
লৈথোকই। নোংবান চেনখ্রে। থাম্মু তান্নু হায়হুনা
তামবদা হানখরে—"কংলা শংবা লৈতরা?"
নোংবান তলাও লাওরকই।"ঐখোই লৈষ্কে সেল্লুংবা!—
য়াইবুং য়ৈয়ু।—কল্লিগী?—কল্লি ককা থিকদে,
মপু সনা য়াথংনি সনা য়াথং ওইনম্নু
সেল্লুংবনা হায়বদি হায়ক্কম খোক্তে কল্লিনো?
লাখোংদগী চৈরাপ্তা পাওগী নিয়ম লৈদ্রিনা!

করি বানো সেন্নুংবা ।" হায়রে কংলা সংবনা ।
"ছি ৱৈহৌদবা তারে; কোন্না থোকপা লাকনি ।"
খল্লে নোংবান সেন্নুংবা । "করে হুদি ৱৈরনি,
নংনা ৱৈয়্ য়াত্রগা ঐদি ইখুং পান্দরা ?—
অচৌবনি ৱৈবিয়্ ঐদি ৱৈবা ঙম্মরোই ।"
হায়রক্লনা পুং অহূ নোংবান চোংসিনখিহনা
মথুং অনি খাহনা দরং-দরং ৱৈরুরে ।
নিংথৌ সেম্বা থুঙরে । পুংথোংদা নোংবান' ফারে ।
চৈরাপ্তা সিন্নরম্মে । নিংথৌ সেনব-শিংহনা
হুংগৎলে স্না চোরোন্দা । মপূ সনা পুক্লিংদা—
ভৌঙমদেদা নোংবান-সে । মহাক থক্কী মোইরাং-সে
ইংব-কোৱা লৈতরে । ঙসি মুমিৎ অসিদা
করি থোক্লরগবা । "চাবা থকপা লোয়্"—। হায
সনা পুক্লিং মুংঙাইতে । চাসি কদায় মরু-ওই
হন্দোকসিনু মতোং ওই ; মপূ পায়না-লাঙঙকই ।
মোইরাং থাংনু হৈবদে. পজেং কীরান থেৎপ-ফাও
লোইনা ফুগৎনরক্লে । কেগে থোন্দ্রে থোন্নাং-মৈ
মোইরাং বিজয়া থন.গ্র লৈপাক চোন্না ভিনখরে ॥
অরোন্-বনা খংগল্লি ; ঙরাং মুমদাংবাইরমগী
কবোদগী কারকপা মুরা মাগী পাওসিনা
মোইরাং পুম্নিন্ নিন্খিবা । অম্মুম্নদি নিল্লগা
নিনমনখিবা মক্তনা মরোন শেংনা তানদ্রি ।
মগুন চেনবী মুপীনি মুবা মাগী মবানা
পেংখানবা মোইরাংনি । পংঙাং ঙাংমৈ য়ামথরে ।
তাঙ্গা সিদা মোইরাংদো কংলা য়াইপুং খোজেন্না
খোমমকপদি মী অসি মপান হায়বা নাইখিদ্রে ।
মীনা য়াম্মনখিবনা কেগে চৈরাপ চনখিদ্রে ।

লোইবা নাইত্রে কারকপে। মোইরাং মাগী চৈকক্-পুং
কেগে-কুচু-থোদাকম্, চৈরাপ মন্নুং চন্দরে।
মীনা পাথোরক্তুনা পম্বান ফাওবা ফমখরে ॥
ওকচিল-লাকপা অঙম্বা, তোলোং খোম্বা ফম্মাইবা,
ঙাঙৌরাকপা, ঙাংখম্বা চেংলৈহনবা, খা-থনবা,
নাইথ-রাকপা, নাইজ্রাকপা, পোংলেন-খোম্বা, থাংগ্রাকপা,
শাংদো নাইখু অথৌবা—ফম্মাইবা তরা মাথোই
নোংবামগী তরেৎ সেঙ্গা ফংবা শিংসি কারকই।
"ভৌবা ঙমইদা নোংবান! মাগী সংগ ওইবদি
লেমই।" স্নম্ন সুংঙাইনৈ, ঝারি শানৈ, থুংঙরে ॥
মনাও 'বুংঙো-যুব্রাজ, যুব্রাজ-শি খোং-'নেম্বা,
অরাম্ রাংগোল-ত পাক-য়ুম-লৈমাবা—চিংখুবা,—
উরা-নহা-পাঙ্গম্বা-তেল হৈবনা - "করিনো?
কাদ'য়াদে অতো-খোই, শেম-শারো নখোই পুম্বা।"
হায়রে শেম্বা লোইখরে। মনাই নিপা চামগা
থৌগন্দুনা কাররে। মোইরাং লৈপাক অপুম্বা -
"ঙসি পুংসি করিনো, থোইবী মহাক থক্তগী
মোইরাং লৈপাক অসিদা অঙোম লাহৈলোরমাল্লে।"
স্নম্না কয়া অমনি। পুক্লিং মফাং মফাংনৈ,
খৈমে নিংনৈ। থোইবীগী হায়বা মরম্ সিমদি
ইখং খংনৈ; অতুগা চিংখুবগী পুক্লিংদি
ইতোপ তোপ্প খল্লকই। নুবা মমোম থোইবীগী
মরমগীনি হায়বসি খন্দে খংদে যুব্রাজ।
"য়াম্বং সনা পুক্লিংদা যুব্রাজ ঐবু শাওরি।
য়াম্বং পুক্লিং পেমবা প্রান কংকেদো ঙসিদি।"
স্নম্না নিংই। লাওরকই—"কেগে নিংথৌ ইনিংথৌ
মোইরাং-নিংথৌ-পুরিক-লাই— ঐবু-লোইবা— লৈমাবা!

য়াম্বুং 'বুংঙো য়াইফবা ! সংগাই হুংলান্-চান্দগী
চেংঙা খুবম হোংবিম্মু ! নমাই ঐহাক লৈজরি।
থবাক চুংওইনগনি পাম্বোম তাওইনজগে।
ঐরা থেংনজগনি।" হায়না চিংখু লাওরকই।
চৈরাপ থোংজিন য়োবদা—"কবিগীনো লৈপাকপু !
উম-য়াইগুম চিকপিববু শাগী লানগী করম্বা
ওসি পুংগী পুংখোম্নো ?" লাওই মনাও 'বুংঙোনা।
থাংগরাকপদা—"অজ্ঞা ! সনা পুক্নিং অয়ুক্কা—
খুদায়োমদা—"হায়জরে। যুবরাজ কমথরে।
মপু সনা চোরোন্দা থাংগরাকপনা—"অজ্ঞা
শাগী লানগী পুং মত্তে।—কবিগী নিনা ইপু ?—
ননাই নমাক ইবুংঙো, অঙোম নোংবান্ কৌববু
নজাই ইবেম্মা ওকউ হায়বিহুনা স্না-য়াথং,
ওকচহুনা লাকচৈ-হায়, মপু মনাই হয়াওনা।
মীতু হুবা খম্বনা লামথাংদগী ডাইহুনা
নজাই 'বেম্মা কাথরে। মপু পান্দ' লৈপাক-ওই,,
চৈরাপ কুচু লৈতগুম কেগে মমিং তৌনরে।
মোইরাং লৈপাক তিনবদা মনাও 'বুংঙো কম্বদা
বিচার তৌবিনমবা, পুরুপ্ তিনবা য়ানবা
য়েবোইরে কংলা-য়াইমুং সনা বুদ্ধি তৌবনি ;
অঙোম মরমাই নত্তে সনা য়াথং ওকপনি।"
হংগংলকই, লাওরক্কে॥ যুব্রাজ থুক্ লাওই !
লৈপাক তুমিল-লৈমখি পাক-হেক থুমদে যুবরাজ !
"হিঃ যুবরাজ থুমদেনা।" হুম্মা থম্মে লৈপাক্কা।
চঙ্কে। যুবরাজনা খোম্ফম্ নেম্না—"থাংগ্রাকপা !—
অজ্ঞা !—ঐ মা হায়গেকো ! থর কায়রে মা অসি !
ঐ ইকাই বিচার-সে য়াওনিংগ্গে নংদি থংউ !

ওরাং মোংবান লাক-অমই। মানা তম্মবা চুপা
খেঙ্গোংনরে বা অসি।" হায়রম্মগা থোকখরে
খুজেং খুজাই পায়দুনা লৈপাক্তি তাদে য়াগি॥
লুংডাইখিদ্রে যুব্রাজ চংসিনবস্থু য়াদরে
হন্দোকপস্থু ওমখিদ্রে সনা পুক্লিং চাকখরে—
মপু সনা মায়থোংদো চেংগৈরোমদা থাংডকই।
"ইমোম ইবেম্মা নংবু! থোইবী ইপানবিকো!
নিপা ওইরবদি যুব্রয়াজ ওইদৌবনি
ইচাবু। হোরেন চৈরাপ তিনবা মমাংদা.
সৈত-থেংউ হায়গনি খংগনিদো নহাকপু!
নপা নপল অনিনা করি হায়না তাগনি!!
হে থাংজিং ইবুধোবু লৌসিনবিরো ঐসিবু!
চৈরাপ-বাহৌ-ভোইবা নাই, মরিং-নাইখোং-শেংদবা
নাইবু, কৈনা বাহৌবা, লোইনা বাকৎপদুবু
ইমোম নংবু ইপানা থোকহল্লেকো ইবেম্মা!
নুরা বারৌগনুকো॥" হায়না যুবরাজ,
মচাই লুংডাইতবনা মখোন থোক্লা কপ্পকই।
চিংখুবা হজিনখরে। লৈপাক তিনখ্রে মোইরাংগী!!
খুমন লাইর-শং লোমদা পুংখোন অসি তানরে।
ইবেমমনা খম্বদা, মমান মচা খুমন্দা—
"ওসি পুংসি করিনো?" হংই। লমজা খম্বনা—
"খংদে সনা করিনো শাগী লানগী ওইরিব্রা!
নোংয়াই নংনা চৎতনা ইমান খোইদা তুক-হংউ॥"
হায়নৈ। মতম অসিদা—"মাঞ্জ ওসি পুংসিবু
করিগীদো খংনিংই। সাগী লানগী মরোম্না
হৌনবগে কয়ানা।" হংই থোইবী খম্বদা।
খুমন তানা—"সনাহল! লানগীনা মঙারক ঁয়ৈ,

শাগীনা অহন্নক য়ৈ। হুদি ওসি পুংসিদি
অমি মথাই য়ৈ-শুম-তায়। শাগী লান্-গী নত্তবে।
ঐবু 'মুক্কুং চৈরাপ্তা মপুখৎলগে হায়না
য়ৈবা-পুংহুম ওইরিত্রা? চুমই! মাহু মকইদা!
ওইরম্নবদি মাহু ইবুংঙোদি থোইবীবু
চৈরাপ-কাবী মুপীদি হায়বিরগদরা?—"
থাদোই মরা তাবদা লংননিঙ্ঙে খম্বনা—
হোয়—চুমই বা অমদি,—পুংকা য়ৈব-শুমস্থ তৌ
কুম্বী দৈগা ওকইদো! মপানস্থ পিথরে
মপু পানবা মুপীনি খম্বা লাল্লি হায়গত্রা!—
মাহুই-শরুকপুদিনে সেন্নুগা মপু ননাই
অঙোম লোমদা—ইতাওগী—লেংবনহুম্—কদায়নো!
মজাই 'বেমমনহুম্মা সনা বুদ্ধি মাহুহুম—!
মুপী হাংপৈ পাপ্ অসি মুক্ চাওই চাওদে হাযবা
ইবুংঙোদি তাবিত্রা?—ঐনা হাংপা নত্তেনা!—
কনাননো ইবুংঙো?—মপাবুংনি, ঐ নত্তে।—
'হুদি ঐ শিবগেকো?—ঙাইখো ঙাইখো হাখিন্নু
পাম্মুই সনা ইবেম্মা, ঐ 'মুক্তা হংউখিগে।—
কবি হাযনা কনাদা?—ঐগী কনা লৈতেদো।
ইমান নোংথোম্ব-দনি কনাদবু হংউনি।"
মুন্না খম্বা থোরকই। মুবনা—ইবুংঙোতোন!
কদায়দনো লেংইবা?—ইমানগীদা চৎলগে!—
লেংউ লেংউ! অহুগা পুংযৈবনে কন্নিনে
খিত্তি থুনা লেংঙকউ।" হাযজে খম্ব মুম্ লাকই॥
পে-তোবে-দি থোক-শাংবা, মখোক শাংনা খন্দুনা,
মমান নোংথোল-লাকপদা ফুংগাং-থোংদা ওক্করে॥
চাওবনা হান্না—"মাক্লোরেন খম্বা নং নিংবরা!—
ইমান-ইবুংঙোবু।—ইমানবু হায়বা শাইনে সে।
পুংনা কোল্লি নপাদি, থেংনবনা হাল্লি-হাই!

কৈদৌরি হৌজিক ফাওবা ?—ইমান্ খুরমগে লাকপা ! –
করিগীনো ?—পুং-খোন-সি, শাগী লানগী পুংলোন্দি
খোক-ওইদরা—অসিবু, তম্ব-ঙম্বদি নত্তে।
ননাই এৈনা নিংবদি, চিংখুবগা নোংবানগা
মান্নবরা ! বিচার তৌহন্‌গে তৌবিবরা,
মজাইবেমমগীদমক্‌, সিগী হংগৎনিংহুনা !—
হাঃ মাক্লৌবেন চুমইনা। ওইরসন্নু ফবেনে,
হুদি নংদি লৌখিদ্রা মজাইবেম্মা থোইবাসে ?
নং' পুক্লিং কবি লৈদ্রি ?—ইমান ইবুংঙ্গো ইমা—।
ফরে খংঙে অহুদি, নোংবান মানা য়েৈবমক
অশেংবা ওইরবদি নংনা লৌবে—থোইবীসে !
নাই হাযবো ফাকরনু। চাকুম চাক্লাদা নোংবান,
ইকু থাগে ইবুংঙো ! লোইদাম থাবুম অহুম হেক
ইকু কুম্মোই চৈরাপ-তৈ,ঋতৈদগী হেক ফাওবা
লৌশিং থিংগে ইকুনা। নংগী দমক শোরুগে !
ঙস্মে হায়বা খংলবা মতম হুদা লোইগেকো,
চংলো হল্লো নযুমদা অহাঙ-অহাওবা চাক
সুংডাইনা লৈজরুরো !" হাযরে চাওবা কাখবে।
চৈবাপ্প হেক থুংবদা চৈরাপ তুমিন তুমিল-লৈ;
হিদাক হামবা অঙাংশিং তুবৎ তুবৎ চৎলমই
লান্না চাওবা লাকত্রিঙৈ, চাওবা হেক ফমখিবদা
অঙাং হিদাক হান-ফাওবা' মতা তুবৎ চৎখিদ্রে,
নোংখোম ফম্ফম অহুদা গিং হেক ফমথখিবদা
লুমখিবনা চৈরাপ্পো ক্রিক-লাওনা নমথখরে।
কেগে চৈরাপ মমুংদৈ পম্বান ফাওবা পারবা
শাবন তুম্মৌ মপানগুম পুমপাক-পাকথবহু
তুমিন তুমিল লৈনখি ইনুংগুম্না চিকখরে।
তুমিল লৈম্ন তাসিকো হায়বা, খনবা মামপ্রে।

---

৮

## কংলা বিচার

কনা' করি হৌদোকপা থাকম অদি ঙাইহুনা
পাম মতপ্ অমত্তং চাওবা চাযে য়েঙওকই।
হৌদোক্তরে কনাসু। কাম্নদরে হায়হুনা
চাওবা মানা—"লৈপাকপু! মনাও 'বুংঙো য়াওবিযে,
প্রজা, অঙম্বা ভিরে। কোরৌ ঙসি কৌবদা
কংলা ভোমান পুংজাওবু য়ৈবসিবু করম্বা
শাগী লানগী মরোমো? থারসিদো তাকপিরো!
মপু পুক্লিং লাংগনি। সনা থৌগল অঙম্বা
মত্তিক চাবা কনানা ভৌগদবা থারসি।"
লৌরে বাগী নাতৈসি। থাংগথাকপনা—"ইচা
নোংখোন! মনাই নোংবানবু, তম্মসু তাসি মানা
মযোল লোইনা খংবনি।—তম্মো তম্মো।" হায়বিরে।
নোংবান মানা চোংথোক্লে—"শাবাও লামবাও নংচদে,
ননাই ঐনা লিজনি।—করিগীনো কোংয়ানবা।—
সিনি ইপল ইবুংঙো—মুংঙাইতবৈ মরিনি!
কনা মুংঙাইতবৈনো?—খুমন ইতাও খম্ববু! -
করিনো হায়ু তাসি!—লৈপাক পুম্বা ভাবিয়ু,
পাংজদবা আঙোমগী নোংবান কৌবা ঐসিবু,
মপু সনা য়াথংনা 'কবো লোইসি ওকচরু'
তাকপিবগী চংচরে। কুম্বিদগী ওকচরে।
"ঐমা নিংজমকপগা পাবুং সনা য়াথংগা
চপ্ চারে' হায়বিরহুনা ইবেমমনা হম্বাওই।
ননাই ঐ' শগোন-তোংই, ইবেম্মনা দোলাই-তোং,

খংজসমু মওংনি, উজসমু মতাকি !
কাজরকই মুম্-মোরে। মায়বগু মানা-চুম,
সনা খুৎনা হৌজবে। অম' মনা তৌরগা
হংগোইগত্রা হায়হুনা। ননাই ঐদি চাক তোক্লে।
ঐগী লুক্কম, অসিদা ইবেম্মনা কংখিরে !
'ইচেম শিংনা লৈথাকী লুক্কম্ অসি কংখিদো
ওসি কৌবা অসিদি ঐ কংগে' হায়রহুনা
করি কায়দে ইবেম্মা। লুক হাবসি লোইহুনা
চিন-তংবগী লেংথোকখি। গু:ং গু:ং লাওই হায়হুনা
চোংথোকচে ননাই ঐহাক। খম্বা য়াওই, নিপাসি
য়াম্থে হুম্ফ্ ওইগনি। ইবেম্মদা ওমসিল্লে
ফাহুনা চিংবিখরে। ইবেমমনা হা ইতৈ
নোংবান হায়গে তৌবদা—ইক্-লাওহুনা পুবিখ্রে।
ঐবুমু হাংকে তৌরে। থবাইনা লমি খনজৈ।
লোৎচহৌই ইমুংদা। সিগী মুংঙাইতবদৈ
মীনা চেনবা পাও-অসি অকোল অহান-মাইগল্লি।
থোংগা মাননবা তোমান পুংজাও য়ৈবনি।"
হায়রে নোংবান কোংয়ানবা। মোইরাং চাওবা নোংথোম্না—
নত্তিক চাইদো মুংঙাইদা। চাওরম্মেদা ইচাদে !
ইবেম্মবু অহুম্না ফারবদা নহাকী,
ইমৌ অহুম অহুদি লাওদবরা কোংয়ানবা ?—
লাওদে, লোন্নবিনিনা কল্লকুম্ম্ তৌনাল্লে।—
নচা ননাইদি লাওত্রা ?—চাকৌ-লাকৌগদৌগী
ওয়্ থোইজা থেম্বগী লোক্তাক ওয় কুমখি।—
অহুদরা ননাই-সে ?—মানি।—অঙোম-নিংথৌদি ?—
তাকহৌত্রে, ইকাইহুনা !—ঐঙোম্মা হেক তাকপদি ?—
ইতাওগীদা ইপন্দি সমক্ক 'মঙং লৈবা—।

ফরে হৃদি ইবুংঙো ঙসিগিদি কম্দোই ?—
ঙসিগিদি লৈপাক্কি ।— চুমই ইচানা হায়রা !
শিঙেঙ 'চাদি মুংঙাইরে। অঙোম শাগৈ চাঙ্গরেদো !
ইচা-'শিংবা পোকচরে, শানৌ খাদবাকপবু !
মুংঙাই শাগৈ চিংথৎলে। অম্মুম্নদি ওইববু
ইকাই পুক্নিং মুংঙাইতে। শাগৈ পান্দবা মাল্লি !!
হাই ! শাগৈ মচা লৈত্রা ! চিংথোকখো নোংবাল অসে
ফুক্ক কংলা কাচিন্দা !" মুম্মা ঙাংই নোংথোম্বা !
রাগী মায়রৈ থংদবা নোংবান মাগী সেঙ্গাবা
অঙম' তম্না মাথোইদো "চাওবা থোইগী ওইরেনা"
খল্লি, মবুক হরাওই। অঙোম শাগৈ মচানা
মোংবান য়ৈন্নি হাযত্না মরাং মরাং তৌরকই।
মোইবাং লৈপাক অসিদা অওইবা ওইরে ওইরে
ওইদ' ওইরে মওইবে। চাওবা মানা হায়বদা
ফম্মু ফম্মু মফমদা মমুম তুম্মু চৈবাপ ওই,
কংলা তুম্মু মযুম ওই। মুম্মা নোংবান য়ৈদোরে,
চাওবৈ য়াথং কিদবা কেগে পুংদা পোকখিদে।
"তোকও তোকও য়ৈরম্মু কোন্না যুমদা" হায়রকই।
তোকএ তম্না মাথোই সেঙ্গাবা ঙম্বা শিংদো
"সেন সি খরা হায়খিসি ফংঙদোবা সেনফম্নি
চাওবা চাঙরে ঐথোইদা মাবু য়াওরবদিনে,
কনা লৈরি খল্লুদো মান্নবক্তে 'বুংঙোশা !
মাগী মাগী ঈ-য়াইসে !" খন্নত্না হরাওরে ॥
লৈপাক মীয়াম অপূম্বা—"শা-লানগিরা হায়ববু,
লম্নাই রাগী ওইরম্মে কুম্মসিনা।" হায়নরে
চাওবনা শা-লান-দদা য়ৈনসি হায়নবনি।
অসিগী মুক মথকতা—মপু মোইরাং নিংথৌনে

মহারাণী যুব্রাজ অহুম অসিনা শিবা,
সিমা য়ৈসি। অহুগা পুংখোল অসি তাবদা।
চেংজেন ভাচেল য়োম্মসি; সি নক্রা ?— মানি মানি।—
খুল্লক-ইরক অসিদি সুপী অভাং অপুম্বা
চিংদা মান্দা পাংকোন্দা চংনখয়ে খোং খোংপা।
কথেন মাপন মুংখয়ে। লৈপাক চরা হেল্লনি
কম্‌দৌগনি মাসিনা ? লৈপাক ঝাবা তাখয়ে !
চাওবৈ চাওবা ইচাদি—কথেন মাপন কাও হায়ু !
চেনখিবা পুম্বা হৃঙ্গিল্লু হায়না পাও তুক চেল্লু ?
তাবেদনা কোংয়ানবা ?—মমাও 'বুংঙো তাবিসি,—
মীসি খোমজিল্‌হল্লগা মপু সংগাই মাংগোন্দা
নজাইবেম্মা খম্বগা নোংবানবুসু কৌবিয়ু।—
কৌনিংঙগা কৌগনি কৌনিংদ্রেগা তোকনি,
ইচা হুরানবা লমজা মাবু লৈপাক খোঙ্কল্লু !
ঙম্মোই হায়র' মাতনা,—নোংথোনবনে মন্ত্রিনে
ফৈরোইজাম্বা খোই-সিনা খোমজিনবিয়ু মীয়ামসি !—
মনাও 'বুংঙো হায়বিনু !—হায়রে। হুগা ইচাদো
ঐদা নক্রে নোংবান্দা থিল্লু ইকাই' নাইদেদা !
লমজা ইকাইদবদো ! অপোকপা মপা' য়াদে
হায়রবদি মতোকউ করি মমায় মথানো !!—
মীচং মীথাই নাইবিনু সনা বুদ্ধি তৌবীয়ু।—
মীচং মীথাই হায়বদে ? - নক্রা কৈনো যুব্রাজ ?
মোংবানবু, যুব্রজ-নিংথৌ সুপ্লবরা কৈনো !
মজাই 'বেম্মেদমক্তা কংলা-য়াইবুং য়ৈবদি
মতিক চাদে অহুগা হায়সু হায়ন-খিদেনা
খম্বা, চাওবা করিগী মীথোমগনি মন্ত্রিনা ?—
সুপী হুরান-বৈ দগুি !—হুরাল্লমদরবদি

নোংবান সিদি হাৎকত্রা ?—ঐনা লৈম্রিভৈংসিদা
নোংবান শোক্লগদবদি কনায় মত্তিক লৈদনা ?—
লৈরি—নয়াখ্ৎ লৈরি।" অনি ভাংনরকপদা
লৈপাক মুংশা হোন্দরে। হৌগৎতুনা চৎপ-য়ে,
তুমিন তুমিন লৈনখ্রে লৈপাক থক্-থক্ নিরুবে।
থাংগ্রাকপনা—"ভাইবিখো! পংলাও হেক লাওনবিরে।
মরা লৈবা মুপীবু হুরাম্নগা মাসিবু
তুমিন মুম্মা তোক্লত্রা ? পুংয়েবনদি লানত্রা ?
নিংথৌগী মচামুপী হুরানবা, মাসি লাম্রি।
হায়না থেংজিল্লরকই। অতৈ তরা লৈহৌবা
নোংবানগী সনা ফংবা ফম্নাইবশিং অহুনা—
"মরা লৈবা মুপীবু হুরানবদি মাহুদি
লান্-হায়বু অতৈ লৈত্রা ? অচম্বসু নৎতবা,
লৈম-নিংঙোন কাদবু অচুম্বনি, লান-নত্রা!"
মথং অমা পাংলকই। নোংবান্না—"লৈপাক পুম্বা
প্রজা 'ঙম্বা ভাবিসি, পুং য়েবগিদি য়েবে,
ভাংনবিয়ু মখাহু।" লাওই নোংবান থোরকই।
নোংথোম্বনা—"অহুদি নজাই 'বেম্মবু লোইদা
থাবিববু কৈদৈনো ? সংগাইদগী থাবরা ?—
করি হংই মাহু নং!—নং মাদি হায়বিম্নুদা!—
হায়রে নংনা কৈদৌনি! —হুরানবদি কৈদগী।
যুবরাজ নৎতরা!—করী ?—কবি হায়বিম্নু!
মজা ইবেম্মা সিবু হরাওবা লমজেল কাওদা,
পিখিবহুদি কাওরে। হাই! মাইবী চংবা! নোংবান
কৈদা! নংগুম্বনবু নিংথৌ মচা লৌবরা!
করি নত্তিক ওইহুনা! লাইর-লমজা খম্বদি
নিংথৌ মচিন মনাওনা পিবিবনি খংদরা ?

ঐদি পিদে !—কৈদগী পংহায় মহায়নরেনা !
নোংবানগী নুখাক চাবী মুপী, অদু গুম্বীবু
খম্ব-লৌবা হৌনত্রা ! মচিন মখা চোনবনি ।
খবা মন্থুংলাংমীদি কবো লোইদা চংলগা,
কারকপগা নোংবান্দা—চংগনি হায়বা বাসে.
মঙ্-মক্তা ওইরোইদবা বানি তাবা য়ায়রোই !
যুব্রাজ-নোংবান 'নিনা নিংথৌ মফম সিনগেদি
তৌবা ইশেং শেংবনি ॥ লৈপাক লোইনা লেপ্লিখো ।
থোংলেন চাওবা অনিনে, ফৈরোইজাম্বা, খম্বগা
লেপকে নিংথৌগী দমক । লৌশিং য়াওদা-সেপ্পাবা,
মপাংগন্দি লৈতানা খদাং চিকপা শাবদো,
উরগনি হন্দক্তি ।” হায়না লাওয়ে চাওবনা ।
অঙম্বা তরা মাথোই নোংবান্গী সেন চাব-শিং,
নিকলে কম্বা ভমদরে । অমুক হন্না চাওবনা—
করি হায়রে ? শিংথোগী মজাই 'বেন্মা গংগা-গুম্
শেংনা লৈরিবীসিবু মিংদা থিনবা ভাংবা !
অঙোম নোংবান মা-গুমগী নুখাক চারে হায়রিবা !
সিগী বাদি থম্মতুনা নিংথৌ মফম সিনগেদি
থৌয়াংলপা তুগসু—। ( চিংথুবনা ) করিনো !
নংনা নিংথৌ মফম সিনগে তৌই হায়বা বাসি
ইভং-ভৎতানা পনবা ! নঙক অদু ককউরা ! —
হে ! করি যুবরাজ ? ঐগি থাংদি সেন্দ্রাগী
লৈপাক্না শাবা থাংলা ? কবাকলা, মংগীদনা
থাংলা লেংথোরকউ লাও । চংশিল্লকউ হায়বরা ?”
হায়না চাওবা চোংথরে । ইকাই থৌদৈ যুব্রাজ
কম্ফমদগী হৌগংলে । চাওবনা—“লাও য়াবজরো !
পায়বা হৌনৈ পায়বনি য়াল্লকনি নিংউন্নু !”

হায়দুনা খুরু খুদক কুম্দুনা তাইরে চাওবা॥
লৌখিরাকপা চোংথোক্লে, যুবরাজে খাংদোন-দু
কারে,—"হী করিনোদা! থাংনা কক্লে হায়বদি,
য়াম্নিংদে ননাই ঐখোই! লানবগীদি লাম্লিনি
মনাই নোংথোম্বা, সিবু-মাদি যুগ কয়া ওইরে
পুন্সিরবা নিপানি! মূর্ত্তি সিম্থু য়েংউনা!
লান-কোক্লি, চুমদরবদো! কংলা য়াইপুং অসিবু
পংরৈ য়ৈব-য়াবরা? চৈনা-হেক থিন্-থিন্দুনা
হৌবা সিদি চুম্বরা? ঐখোই খ্বাইন্থু লৈরিনা!
নয়াম্বুংনা তারগা করি হায়নি খনকৈনা!!"
স্থুম্বা খাম্মে। নোংথোম্বা—"খাম্মুমু য়াম্লসমু
ঐদি অহন-স্থু ওইরে খ্বাইগী নাকোং রাইচিল্লে!
থাম্মিবা কনানো?—ছিঃ! ইঙেঙাবু ননাই ঐনি।—
অতোন্-করি খাৰগে! মনাও 'বুংঙো করিনো!
ঙম্মোইদবা মাহুদি ঙাংদবনা ফগনি!
নমান্নবন-তারগা নোক্লগনি খংউ শা!
থয়োল-লৈয়োনবা ফত্তে, নচাদি অমতনি!
ইবুংঙোনা চোপ্পদি ঐখোই খ্বাইসি চোপ্পনি!—
ফরে! তুদি মোংথোম্বা, ঐবুনা নিংথৌ শেমগে
তৌই হায়বা অদুগা ইচা, নমাক্তা পিরে,
অসি মংতরা?—মাদি। নোংবান নংনা য়ৈবদি
ঙসি কংলা য়াইপুং-সি মপু সনা য়াথংননি?
অক্তা!—ফরে চংলসি মপু সনা চোরোন্দা।"
হায়না যুবরাজ নোংথোন সনা নাক্তা চংখরে॥
সনা নাক্তা য়োবদা মপু মোইরাং নিংথৌনা
উরে অনি' মতৌদো—"নিংথৌ ঐগী ক্লাদদি
ইনাই শিংনা মহেল্লি।" খমবিদুনা নিংথৌনা—

"ইপু চেংলৈ লাকপবু! অতোন করিগীনোমে?
লাকসি লাকসি! নোংথোম্বা! মোইরাং নিংথৌ ঐহাক্কী
লাইজ ওইবা নংনিকো! ইচা ইনাই পুম্বনা
খম্বা খেঙ্গোং ওইসমু ঐনা খম্বাল ওইবিরে।
মমাংঙৈদা চুপ্পমই পুরেম্বদি নতাওনা।
থোংলেন্-চাওবা মবিঙাই খম্বাল লৈহি কংদরি।"
সুম্না কৌরে চাওববু। মতু চুংই যুব্রাজ॥
চাওবনা—"মনাও 'বুংঙো অচুম্বা চুক কৌইদো,
হংগৎপিযু হায় চুক।" হায়। নিংথৌনা—"করিনো
অতোনবু? হাযু তাসি?—অজ্ঞা! ননাই ইপুনা
মোইরাং হায়বা লৈবাকসিদা লৈরিবা মথৈদি,
ননাই ঐদি লৈরম্মোই।—হৌনদে অতোন কৈনো—?—
হংগৎচরিবসিম্মি!—নোংথোম্বা করি দৌরে?
অচুক সুংঙাইত্রিবসি নবুংঙোনা করিনো?
ননাই ঐনা কায়বনি,—কায়বগিদি সিমক্পু,
সনা চোরোনগীদমক কাযবনি!—করম্ দৌনা?—
ঙসি মোইরাং নোংবাম্না কংলা যৈবুং য়্রবসি
সনা য়াথংনা য়ৈত্রা?—বিষ্ণু! কৈদগী
মানা য়ৈগে হায়বদা অচুম্নক খামই ঐনা।
চেনখ্রে য়ৈরুরে। ঐগী মী ভম্বা থায় মথামই
করম দৌরে নোংথোম্বা?—ননাই নোংবানগা ননাও
ইবুংঙোগনা থোম্মে হৌজিক থাং-সু হৈ-মথৈ।
ননাই ঐনা খামজরি। সিদা সুংঙাইত্রে ঐবু
ননাও 'বুংঙোই পুক্লিংদা!—ইপু মাতু হাযমুমে!—
মনাও 'বুংঙো করিনো? মাসি নৎত্তরবদি।
কংলা পুংজাও করম্না য়ৈগদবনো ইবুংঙো?—
সানৌতোন্ যুবরাজ! অসিননে ইবুংঙো?"

হায়না মল্লাম্বুংনা মুক হংই। যুবরাজনা—
"অজ্ঞা!—ছুদি ইবুংঙো! 'য়াম্বৈ মোইরাং অসিদি,
কয়া তুংঙাইবা থোক্লে। অত্তোম্না পুক্লিং তাবা
মকম অমা থিগত্রা?—" হায়রে মোইরাং নিংথৌনা।
যুব্রাজ লৈকম্ খংদরে। ত্তিঙক্ মায়-তক ঙাহাক্তং
লেপ্লম্লগা যুব্রাজ মদোম অতুম থোকখরে
কেগে চৈরাপ পাংতুনা মঙ্দা চৎপা খোংথাংগুম॥

৯

চাওবনা—"ননাই খোংলেন ইতাওদি ঙম্ব চিংদা
হৌনবা তেংগোন শাত্রে, পুংগী পুংখোন তাবদা।"
হংগৎলক্লে নিংথৌদা। নিংথৌনা—"ছুদি ইপু
কমদোনি নোংবান-চিংখুবা অনিগী হাক্তক্কী
লৈপাক শোকপা তাবেদো। লান্ সি খামদবা য়াদে।
ঐখোয় অনি থোক্লসি।" হায়না নিংথৌ নোংথোনবা
মপু ননাই থোরক্লে। নিংথেম লেংথোরকপদা
কেগে চৈরাপ ত্তিল্লম্বা মীয়াম অতু খোক্তুনা
ঙাইরে অউন কৈথেন্দা। ময়া কয়া পানবা-থাং
নোংপোক চবী থাংতুনা, পোইন্থু খুদাপ কাইরংবা
মতৌ অন্তুম নিংথৌবু ভক্তি কৎখি ময়াম্না॥
মীয়াম সিগা লোইননা চৈরাপ-তুংদা লেংসিল্লে।
মপু সনা য়াথংনা—"রারবিনি লৈপাক্তি
তরা চারক্তবন্থ য়াওরিম্নিদো করম্নো।"
তাকপি পেন্নে ময়ামদো—"অরাম থোরাং লৈজদে
সনা চোয়োন উবদা মঙ্গোল ওইরে ননাই-খোই।"
সুম্না খুমজে লৈপাক্লা॥ সয়েং তাঙ্গৌ শিঙবা,

পজেং ফীরান্ খেৎলবা, পামুদু-লৈথাব্ চিন্ বসু
কেগে কম্লাই 'পূম্বসি মাগী মাগী ফিদা-দৈ
হোৌগৎনরে—মপুগী থৌগন লোইনা ভোৌখরে ।
মমাং মমাংদা থাবা, কাওসেন্-কাগোক অপুম্বা
মপু সনা মাংদগী তুংদা লোইনা থৈদোক্লে ।
ঙসি মোইরাং চৈরাপ্পা নিংথিজবা অচুদি
লাইগী সোভা নদোৗগুম নিংথিজরে য়েংবদা ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা কোৱৌ মঙান ফবগুম
ঙানগ্রে । থৌগন মীয়াম্না হায়দোরকপা কজবা—
শিঙেল্-লৈপান্-নদোৗগুম নিংথিখিবা অচুনা,
শিঙেন-পাম্বরা-কবোক্লেগুম পুমঙৌ ভোৌখরে ॥
মিকুপ অনি মরিদং পোৎথারগা চাওবনা
মনাই অনি কৌসিনগ্রে—নোংথোন্ মপাও মেপ্লে,—
"ভন্বা অনি ভাবরা ! চৎলু থোংলেন ইতাওদা
মোইরাং তাহন কদেকো ! হায়রু 'ঙসিগী পুংদো
নচা খম্বা হাৎন-পুং, নমোম খমু কৌবীগী
খুঙ্গোইনবা পুংনি, মন্ত্রিদি তাবিদবরা ?
নতাও চাওবা কৌববু বন্দি থম্লবা পুংনি ।
খম্ব-থবাই মাংত্রিঙৈ মোইরাং কথেন মাপন্দা
খমু পুথোকত্রিঙৈদা, নমাক কৈরোইজাম্ববু
লোইদা চংথিত্রিঙৈদা, মন্ত্রিগী মায়থোং হুবু
অমুক্কদি উজগে হায়না থুক্কমজরকই ।
নত্তাও চাওব কপ হৌই হায়গদবনি ।" হায়গ্রে !
চাওবা-য়াথং-লিরী-ওই ; তম্বা অনি অচুনা
তেল্-ওইরে কাপ্লকই নারোন্দা চাওবা'-থোংলেন্দা ।
থোংলেনগীদা থোংলেনগী মচা মনাই পুম্বমু,—
"ঙসি ঐখোই মন্ত্রিবু য়ান্না ইংথৈ কৱিনো

ঙসি পুং অহুবু তাদবরা কন্নিনবো !"
হায়নৈ মন্ত্রি মহাক্না ঈঙ্গিৎ ঙাইনা লৈরমই।
চাও মনাই অনিচুনা—"ইঙেঙা মন্ত্রিবু ?" থোংলেন
মন।ইশিংনা মাংগোন্দা লৈ হায়না তাকপিরকই।
অনিচু চংলক্তুনা খুররমই। "কনা কনা—?
মনাই 'খোইনি ইঙেঙাবু !—ঐখোই হায়রবদে ?—নতাও
মোংখোনগী মনাইশিংনি।—হিহি করি 'তো-খোই ?
ঙসি কংলা পুংজাও-রৈ ইঙেঙা তাবিদরবোই ?—
থাংগৈমকতি শেংনদি তাহৌদরে হুম দি হায়।
অহিং তুমদরদনা তুমথরুরে। ইতাওদি ?—নতাও নোংখোন
কুইরে কাহৌরে দণ্ডি ওইনা নতাও কাবনি।—
করি হায়না করম্না ?—নপাগী খম্ব-খম্বু
নমাক ফৈরোইজাম্বা; নতাও নোংখোম্বা অসিগী
রাজ দণ্ডিগী পুংনি !—করি দোরে হায়বগে ?
মরোন 'কুপ্না থংজদে, পম্বা হাৎপা তাহৌরে,
মরোম খম্বু কৌবিবু মোইরাং কথেন মাপন্দা
থুঙ্গোইননি হাগহৌরে, নমাক ফৈরোইজাম্বনা
রাজ দন্দি তাহৌরে। নপাগী খম্ব অদো
ইপাই শক্তদি উগে হায়না কপ্‌ই ঙাইহৌই।
নতাওনা হায়জরকই—ইতাও শক তমুক্তদি
উজগে হায়। ঐখোইসু ইঙেঙা মন্ত্রি চোরোন্দা
চেনসিঞ্জবদা মতাই।" হাগরে কপ্‌ই অমিদো।।
থোংলেম্না—"হাই হাই ! করি ! ঐগুম্বা লৈরিঙৈদা
খোংলেম ঐগী থাংনা মম্না কম্‌ত্রিতৈ অসিদা,
ইপামবোম্না ভেকত্রিঙৈ, করি মতিক লৈহুনা !
ইপাংসি খম্ব-থম ইতাও মপা মচাদো !—

হায়না থোংলেল লাওখবে। অনি অত্থ চৎখরে॥
থোংলেন তালোই অহল্লে চেকসিনবদা ৱাতানৈ।
থোংলেন্‌বীদো কপ্পকই। "ঙাইথো কপ্পু খিগম্মু।"
খামখি থোংলেন তালোইবু। থোংলেনবী কৌবী অদো
মথৌনাদা মরিং-জেন কপ্প হৌনদবনি।
লমজা অনি কাদদি মিৎতা পিবু তারুরে।
চাব-থকপা থৌরাংত্থু লোইনা তৌগ্রে লোইরক্লে।
থোংলেনগী মনাইশিংত্থু হবাওবনা লোম্নক্লে,
চাবা থকপা খনদবে লাব-তবু হাম্নর'দি॥
চুরা মণি কৌবনা থোংলেন শা চিংথোকখরে।
মিপা তরা চংত্থনা লাম-শা শাবোং হাপখবে।
অরাম্বাই তেন্দোং য়াল্লে। থাংশাং য়াল্লে, শাবন্দা
ছোরি তরা মঙাদং য়ৈসিন্দুনা ফুমখরে॥
থোংলেন মফী সেৎখরে পজেং-ফীরান থেৎখরে।
চবাম্নবা নোংশাঙুম থোংলেন য়েংবা ঙম্মক্তে।
চহি কুনগা মরি কুনগা মঙা অসিবাইগী
মীওই ওইনা উখরে। তালোই শিংনা চোংথোক্লে,
মপুরোইবগী মঙ্গোল্‌ তৌজরক্লে মতমদো।
থোংলেনবীনা—"ইবুংঙো! থংলেন নপাও তাম্রিকাও
অসিদগী লেঙঙম্মোই।" হায়না সৈত তৌত্থনা
থোংলেনবীদো ফমখরে। "কৈ ইবেম্মা চুমইদো,
ত্থগা নংদি থোংলেনবী শামীৎ লানমীৎ খংবিনি।
য়েংউদনা কৈদোরি!—কৈ ইবুংঙো য়েংজগে।"
হায়না য়েংই। "ইবুংঙো! পারি, ইমোম, ইমৌনে
কম্রি মতা তৌদেনা। য়াম্না ইংনা মমুমদা
লৈনা কৈনো ইবুংঙো।—শোয়নি?—থংলেন শোইরোইনা"

নতাওদি খর হায়রে; মতোমদগী চৈরাওবা
লৈপাক মীয়াম নাম্ম-ওই থেংনরি 'ভৈগী নত্তে।
ইমো ইবেম্মা হাক্তক, থংলেন মোইরাং তিনখবে ॥—
চুমই ইবেম্মা 'ছুনি। পাপী নোংবান খুজিম্মি।
লোইগে ওসি মুমিংতা—কেগে খক্-খা ওন্নগে,
সেম্দরাম্ম হোগাইগে, হমুবী-চিংহুম্ কুত্তোকে,
নাগ্ন-চিংদা সোইবৌগে, উষ্ঠা লেন্দা সোইখিগে,
অরোং ভাখা পিগে, কৌগাক্চাও ভারি লেংনগে,
খোরদাক্ ঈ-রিগে, মোইরাং হিরানচুবদি
মোইরাং তুম্না হাংকেদো॥" হায়না থোংলেন লাওখরে॥
থোংলেন শগোন তোংখরে। নোং মংদে নোংথাং কুপ্‌ই।
মুংশিং ইশিং শিংতনা কোকথক্তগী, থেংলিবা
পজেং ফীরান অপুম্বা কোমুংলোমদা ওন্দুনা
ক্র-ক্র ইহাই হাযবকই লিনগী মতোক ওইখবে।
থোংলেন লান-শা মখোং মরিনা পৃথি থক্তা কু,
হুইজাও মরিমা খোংবা। থোংলেন লাম্বুং য়েবকপা,
লাম্লোইনবা মুংশিংনা ওংদুনা হোৌরকপা সিগী
থনী অসিনা মোইরাং হায়বা লৈপাক অচুবু
পুম-য়াং ওইনা য়াংখবে—মোইরাং পাইথোকখিদৌরে।
লাম্লোইনবা মুংশিংনা উফুন মথৈ কক্তুনা
নোংদোন থকতা পৈখরে নোংদোন কুম্না মমখরে।
মোইরাং মাঙেও ভায়চুনা লাওনরে চেৎন্নে কপ্নে।
কেগে থাংস্থ হৈ মথৈ লোইনা লৈপ্রে চৈরাওবা
মুপী অতাং কপ্লগ্রে মোইরাং খুল্লক অপুম্বা॥
অতোম কোমুংদা নোংবান চৈহুনা কপ্পরকই
তমপাক থুম মৈ থাগ্নো হায়বা খোম্দম তাম্নরকই।
সেগাবগী অতাংকাও হাৎপ্রখত্রা নত্তু না

অসি ফাওবা কিনপ্রে অতাং ফাওবা লোৎনরে।
অঙোম নিপা খম্বন্থু হায়নরকপা তারকই।
ফৎতবা নোংবাম পোকপদৈ মোইরাং অঙোম রাবে,
অতৈ প্রজাদৈ হেন্না থোইরেন মশা খপ্‌কুম্মে।
মরক মরক্তা থোংলেন নোংশাঙুম্না লাওরকই।
থোংলেন মাগী গুন্দুদি য়েন্নবনা নিরুবা
মীচংদনা কংখৎপা থোংলেন মাগী থোঙ্ফম্নি।
লান-সি কোন্নুং তম্মক্লে। ওকচিন কৈথেম পায়রক্লে।
মতম সিদা নিংথৌনা—"নোংথোন করম তৌসিগে?—
ননাই ঐস্থু খংদরে বুদ্ধি লাম্ব কংদবে।
মাংজৌননা অসাইদা তানহৌস্থু থোক্তরে!—
ইপু! মাংব তারেদো। অখিক অচোই ময়ামসে,
লাজদবা ঙাক্তনি চুম্ন ঐগী দমক্তা
কংলা য়াইপুং যৈরে হায়বগী দমক্তা লাকপা,
ইচাগী খম্বগীদি বৈরী ওইবা থক নত্তে।
অসি হাৎপগী দোষদি ইপু! কনা পুগনি?—
করি রানো ইনিংথৌ! বুদ্ধি লৈবা ইতাওনি।
করি পংতৌ তৌগনি। অঙোমগা-যুবরাজগা
অনিতগী মবান-নি।—মাহু চুমই নোংথোনবা!
কনবা য়ারবদি অঙোম মাবুম্থু কন্সি।
ইনাওনিদো য়ামদি কনবা তৌসি ইপু।
ইনাও শিরবদিনে কপকনি ইপু ঐস্থু।
ইমোম ইবেম্ম' থোইবী মপা লৈতবা মচা
ইনাও' মাপনম্বি ইপু লুপ্পা ওইরগনিদো!
ইপু চাওবা য়ৌরক্লে, থিক্লে ইপু।" হায়রক্লে।
চাওবা বুদ্ধি তৌবদা—"চুমই অজ্ঞা" হায়দুনা
মোইরাং চাওবা লৌশিংবু ঙৈলাপ থোংজিন্দা লেপপ্রে।

থোংলেন লোমদা ওন্দুনা—"ইতাও! ককুয়েন্ মুন্না
অথৌবা, যুগ অমদা কাপ্পী অথৌবা হায়না
নম্মিং ফাওবা নহাক্কি। ঐ কৈদোদে নচাহ্ন,
ইতাও থোংলেন কৈদোদে।" হায়না নোংথোন লাওরকই।
লানগী মৈনা ভাখিত্রে। ফুজিল্লক্লে থোংলেন্দো।
"থংলু থংলু" হায়হুনা তোয়না তোয়না লাওরকই।
চাওবনা "লৈপাক পুম্বা চেনগম্নু উপ্রাক্লনা
লৈয়ু।" হায়না লাওবদা উপ্রাক্লনা লৈনখ্রে॥
"হো ইতাও থোংলেন" হায়না চাওবা কৌরকই।
চাওববু থোংলেন, লান দা ওইনা অতুম উথরে॥
থোংলেম্না ফুজিল্লক্লে। "ইতাও ঐনি" হায়হুনা
চাওবা চেল্লে হৌহুনা। থোংলেন থংদ্রে তাম্মরে।
থোংলেন সগোন মথক-তৈ থাংনা লাম্হাই হায়রকই।
চাওবা খুদি থিবদা উপ্রাক্লনা তুথরে।
চাওবৈ কোয়েৎ তোলোক-তু থোংলেন থাংনা ককথরে।
থাংজিং মানা কন্থরে মোইরাং চাওবা কৌববু।
থোংলেন অমুক শাওখরে—ঐগুম্না হাইবা থাংবু
শোয়না কৈনো হায়হুনা থোংলেন থাংদোন অমুক্কা
লাংগোই মথা য়োমদা সং থিম্নুমক্লে। য়েংবদা
পাখৎতুনা চাওবনা তুম্নিবহু উরক্লে।
থোংলেন মানা—"চাওবা" হায়না মতাওবু কৌরকই।
থোংলেন মশক য়েংহুনা নোংথোনবদো কপ্পকই।
থোংলেম্না লাংগোই থক্তৈ চোংথে মত্তাও চাওববু
কোংথংলে; "কৈনো নংবু চাওবা শাওনা লাকপদা.
মুম্না হেক-হেক থোরকপা নংবু তোম্মু হায়রবা,
কৈদৌয়না থোরকই।" হায়না ভাং-ভাংলহুনা॥
মতাও চাওবনা [illegible] থোংলেন[illegible]

কপ্লে। অনি কোম্নরে পংকপ্ হেক কপ্ খোক্সরে ॥
চাওবনা — " ইতাও ইতাও হায়ডুনা কয়া কৌই
নংদি ইতা হেক তাদে।—লান্গী মৈথু সিদবু
কদায়গী তা' দগে; নংদি কম্বিগী দমক
খোরকইবা সিদদে ?—থামদবা য়াত্রদনা ! —
ইচা খুবন্ হাংকনি, ইমোম খুংগোইনগনি,
নংবু লোই থাগনিকা হায়-হায়বদাইদে ইতাও ! —
কদায়দৈনো ইতাওবু, মীনাই শিংমা কান্নবা
হায়জিল্লম্মগিনি। ভসি পুংজাও য়েবদি,
মজাইবেন্মা লাকএদো লুহোংঙনি হুয়েংমক।
শাশিং লানশিং লাংগনি। বার্ত্তোম্নদি নংঙরোই।
তুগী মী খোম্বনি, মীনাই 'মগী মরাদৈন্দু
লাল-হেকমহোবা, নংবু কবম্বা মীথোনে।"
হায়রে চৈরে চাওবনা। থো'লেম্না — "চুমই ইতাও !
ইকাইদা ঐদে নিংথৌ ইবুংঙোনা শাওরম্বি।
ঐদি কিরে নোংথোম্বা ! পুসিম্ বিয়ুবা নংনা
মপু মনা চোয়োন্দা ! মীনাই পাওদম কত্তেদা।"
হায়রে থোংলেন চাওবদা। থোংলেন মেম্মে হায়বসি
উরে। "মীনাই শিংসিনা যুগোং চাদ বাইবুনে,
থাং শিংসি লৌসিল্ল হাই।" হায়না চাওবনা ময়াম
থোংলেন মনাইশিং তুবু চৈরে। লোইনা লোইশিন্ গ্রে॥
চাওবা থোংলেন চংলক্লে। "ইতাও! খৌগানরে ঐ
কিংউহনা তৌরমোই পাম্না য়াওব্রা নোংথোম্বা ?—
ইনগে ইতাও।" হায়ডুনা চাওবা থোংলেন অমিদো
কেগে চৈরাপ মযাংদা চেক্লা চানা ভৌবগুম
পাম্না অহু ইম্নরে। নিংথৌ পুক্লিং পোম্নবা
থোংলেন যাবু চাওবনা মশা শাগন পায়জম্বা

ইরোই শম্বী শিংথুবু কৈকেং লাংনা চিংবগুম,
মপু সনা মাংদনা চিংশিল্লকই। থোংলেন-দো
থাংই অশেংবনু কি। কিবা মানগ্রে থোংলেম্লো॥
"ইতাও নোংথোন ঙাইবিথো।" হায়জে থোংলেম চাওবদা॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"ললোই তানবা মন্ত্রিও
হুঙঙা মীকপ্ থোক্কব, তাকদবা অথৌবা!
থুদৈ লোকপা নংদবা চংবিরকউ ইপুবু।
কিংথরেদা করিনো!—অজ্ঞা পুংথোন তাবদা
ইনিংথৌবু শোকত্রা থগৎহনা ননাই ঐ!—
কেগে লাজাও অকনবা শাগী লামগী পাঁও লৈতে।
নতাও নোংথোন লৈরিঙৈ ইপু মন্ত্রি লৈরিঙৈ
কনাই মন্তিক লৈবগে!—ননাই ঐদি কিংউরে।"
সুম্না খর হায়নরে। মমৈ ওইনা থোংলেন্না—
"ননাই ঐদি ঙকচরি, খংজদরি ননাই ঐ।
ঙসি তোমান্ পুংজাও-ভুক য়েবসি?—মাহুনি
শাওরমই ঐসু ইপু। নোংবান্না য়েবনি হায়।
হীঃ হুদি করি ঝানো! মনিং মথা তৌনা হেক
য়েক্কবরা পুংসিবো! করি মরম লৈবনো?
নোংবান য়াম্না চাওরেনা!— মানি ইপু, মরমদি—
ইমোম থোইবীগী মমক য়েবনি হায়রি ইপু।—
করি হায়না ইনিংথৌ?—করো লোইদৈ কাযকরে,
নোংবান মানা ঙকচে হায়। মথুৎতগী ইমোম্
নচা খুমন মাগীদা চৎগ্রে অহুইনি হায়রি।—
য়াম্না করে ইনিংথৌ, মনাও 'বুংঙো অহুগা
ননাই নোংবান অনিমা নিংঙক্পসু খুংলমি
ননাই ইপু নিংবসু খুংঙে হান্নকী লিদা।
কেগে লৈপাক কনাসু শোক্রোই মোং-হালিঅসু

কুমৈ নিংথি' য়েংবিয়ু।" হায়রে থোংলেন। মাসিদা
লৈপাক মত্তু চুংনরে "হীঃ করিনো বাস্রিদে।"
হায়নৈ তুমিল্ লৈনখ্রে। থোংলেন মায়খোং ওক্লিনরে—
মাক্লৌরেন-নোংবান-'পাম্বা !—ইমান-ইবুংঙো।—হায়নু
নোংবান করি হায়নি ইবুংঙোকা হায়তুনা
কৌবিবা ইত্তিক চাদে। যুবরাজ 'মগী মমাক,
অচৌবনি নহাক্তি 'খোইবা অজ্ঞা কৌবনি।
অসুমদি ওইনমকপু, নংনা হান্দক লৌরিবা
ইবেম্ম ছবু কনানা পোকপা ওইরিগবা ?
কনা নিংথৌ মচানো ?—ননাই ঐনা চান্নবা
লৌরে পান্নে হাযজদে। কেগে লৈদা পোক্লবী
মমোম মজা ইবেম্মবু হাযজবনি ঐদি।—
হিঃ থোইবী হান্নবোইদা।" সুম্না তারে থোংলেম্না।
চাওবনা—"কোইমনথরে নংনা পুংগৈ হায়বদি
করিগীনো লোইরেনা।—মানি চুমই মাতুনি,
ইকু তাগে কোংয়ানবা, মনাও 'বুংঙো যাথংল',
কনা অঙংগীমো, নমন্নাইরা ?—ইরন-নাইনি ননাই ঐ
পুংঙাইতরহুনা রৈ।—মুংঙাইদা অঙোম নোংবান,
নিংথৌগী পুংম্মু নত্তে। মোইরাং হাযবা অসিদা
চাওইদা কো ইবুংঙো ! হান্দক বংলা পুংজাওসে
নিপা ওইনা হেক পোকপা লৈপাকতা পোপ্ তাবদা,
মাগী শরুক সেন্-মখাই অমতা ওইরবসু
থাংনরবা সুম্বা পুং লৈবাক্কী লম্না তিংবা,
পুংজা খেন্দোং য়েংহুনা। শাগী লানগী মমীদা
পুংখোন মদোম খোংবা পুং—লৈপাক্কী খুদম্ ওইবা
সুম্বা পুংবু নংতনা ননিং তৌনা রৈবদি ?
চাওরে নোংবান নহাক্তে !—চাওবা পিকপা খংজদে

ননাই ঐহাক য়েক্লয়ে।—ক্ষরে হুদি কোংয়ানবা,
মজাই 'বেমৈ বিচার্‌দো তৌনি চিন্‌-মিং পাররি।
কংলা য়াইপুং য়েহ্‌না লৈপাক খোম্বগী অসি
হায় তৌখিবা খোকই। খুংলাই পান্থ্‌ কোংয়ানবা।
নিংথৌ শেমগে তৌবনি—ইনিংথৌবু সি নম্রা!
লৈপাক ঐগী য়েক্লবনি, নোংবান যুব্রাজ ওইগে,
নিংথৌ ওইগদবা 'মা লৈরমখিনি মন্নুংদা।
তৌরমইবা থুজিন্নি নংগা হুক খেংনবা তারে।
খোকও নোংবান থিল্লেদো। নংদি ইংখংলকপনি।
খোংলেন ঐদি অহুম্নি। ইথৌ ওইবৈ তৌবনি।
মোইরাং লৈপাক কোয়থিন্থ পল্লোন কয়া খোক্লনো।
হায়না খোংলেন লাওরকপা অকম্মা নোংগী-লক্তা
নোংখাকপহু মঙাইয়ে। চৈরাপ থ্রুক্ থ্রুক নিকখরে।
নোংবাল-লৈত্রে হায়নপ্রে যুব্রাজ করম্নো।
লৈপাক স্নুম্না থরখি। চৈরাপ্‌ ইন্নুং ময়াইগুমগ্নী
পুমমম্‌ মমপ্রে চিকখরে। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"ইপু চুমই, খোংখোংপা ইপুগী লানবা লৈতে।
পুংগী অসি থম্‌নিঙিঙ ইমোম 'বেন্মা ইচাগী
অসোমদা স্নুম পুখিসি। ইপু করি হায়বগে ?—
সনা য়াথং লৈরদি লোইরে ননাই ঐগিদি।"
হায়রে খোংলেন ঙাংথিত্রে। মপু সনা য়াথংনা,
অঙোম মচা নোংবান্দো চৈরাপ মাংদা চোংখোকই।
থাদোই বারম লৌরক্লে—"মনাও 'বুংঙো স্না য়াথং
লোই ওকচৈ ননাই ঐনা। সম্না কোন্নুংদা অমা
তমপাক্‌-য়ুমদা য়োরকখো তাকপিবা লৈতে, য়ে'ত্রে।
অঙোম হায়বা নংগীদা পুন্সিগ্নরো হায়বিরে।
ননাই ঐনা ওকচরে নিঙাই পিয়াই লৈনদে

চংজরে। সনা খুংনা চাক অচু থোংলে। ঐনা
ইবেম্মনা থোংব-দু চারে ঐগী প্রসাদ্-তু
কংলে মজাই 'বেমমনা। চিন ভেংগে হায়না থোকখি।
গুরুং লাওই, কঁরিনো, দু তাবরা হায়দুনা
ঐনা থোকচখিবদা সুকি হায়বা অশেংবা
মীশিং তুদি খংজরে। ইতাওনে মী মরাম্বি
চোংসিন্দুনা ঐহাকপু হাংকে তৌই। মনাই ঐ
চেন্সিংগরে ইমুংদা, খাংই থোং লোন্সিন্দুনা।
মাম-চপ্পা য়েংবদা- ইবেম্মদি ওক্তুনা
লেপ্ই। মতম অসিদা চোংসিন্দুনা ইতাওনা
চিংই খুজেং পায়দুনা। ইবেম্মনা 'তৌবিনু
ইপুরোইবা লৈরবা নুপীনি ঐদি' হায়জে।
খুক্তম শাওম খিদুনা পুরে ইতাওনা অচুম্।
"হা" হায়দুনা লাওজগে তৌজবদা 'বেম্মনা,
কিবুন্ ইক্ নম্বিদুনা পুগ্রে ময়াম নমদুদা॥
সিগী মুংওাইতবদৈ য়ৈব-পুংনি ননাই-ঐ।"
হায়না নোংবান অপাম্বা ভম্মে চৈরাপ মমাংদা॥
থোংলেম্মা—"অতোন নোংবান! খংঙে তোকও ইকুনা,—
মনাও 'বুংভো যুবরাজ!—ইপু!—নজাইবেম্মবু,
সংগাইদগী থোংবান্ত্রা? পাজি ইপু মন্ত্রিবু।—
মী মকোক্তি কনানো?—ননাই নাইজ-হনবখি।—
ননাইদি লাকইবয়া? লাকই ইপু।" হায়বদা
নাইজহনবা চোংথোক্লে। থোংলেম্মা—"নাইজহনবা!—
ইভেঙ্গা মন্ত্রি।—কময়া! হায় তাসি খংবখৈ।—
ননাই ঐ.খাই তরাগা মতা শম্মা অমতা
খাদোরুদে' বেম্মগা কুপী লৈশোকপুং কাওবা।—
অচুভরা অতৈদি?—কবো নাইউম তরাগা

মণ্ডা 'মগা য়াওরকই। নপোং লুম্মে নখোইদি
চৎখৎলম্মো হায়ত্না থাগৎখরে হায়না।
সগোল্লে লাংমৈনে লৈশোক পুংদা ভোরহনা
মোংবাল সেল্লুংবা থেংনৈ। ওকপনি হাল্লবা য়াম্বি
অসাই হায়নখিবত্ব হায়। ইবেম্মনা হোয়-মায়ং
খুম্দে করি অমতা। মোংবাল—লেংলসি হায়।
মতম সিদা 'ইপাগী মনাই ইপুখোই হৈরা
য়াওরিবরা হায়ত্না হংই মল্লাই' বেম্মনা।
য়াওবি ইবেম্মা হায়না হৈ পিরে নোংবান-মানা!
হৈরম্ অত্ব তাবদৈ 'বেম্মা তিংদম রাম্বুখি।
নোংবাম্না শোল্লি করে। হংবদা পুমশেং মক্তি
শেংদরি কয়ো হুদি হাযরৈ। হিদাক লাংথক্তি
খংত্রা হায়মররবদা—'ইপা কবো লিংখোনা
শগোল তোংহল্লি স্নুম্না অনা লাইকোকুই' হায়রে।
সগোল্ তোংও হায়হ্না শগোল তোংই। হুদগী,
ইবেম্মনা তোংলকপা দোলাই হুনা নোংবাম্না
তোংলে। সগোল-হু অহুক্—কালে কালে তোরমই
মতুং হুদা থোখরে। কাংলোইবী খোং লানখরে।
কৈরেন্-কাবি য়াংবিদৈ কোংয়ানবদা লাংগোইগী
সমায় লৈসিল্লকুই। ঐখোইদি চুম্নগীয়া সুম্
খল্লি। মীকো অহুবু—'মোইরাং মোংবান সেল্লুংবা'
অসিদা মহায়রমই। লৌ পবি অনি অহুম্
অন্দোজ স্নুম্না লাগ্লে। ওই-থংবা খুং থিংখোকই।
য়েংনা সদন্ ওইহ্না য়ান্ব-গুম্না উহোই।
'হা' হায়বা খেমক 'মগা হাইফেং ওইনা লাহোই।
হুদৈ শগোনহু থোগ্লে। নোংবাম্না লাম্নখরে।
চেনবা ভমজ্জদবনা লৈহোই মনাই ঐখোই।

চাইথোক্লম্বকই সুম্বা।—বায়ম মিদি অহুদি
তমম্রা মনাও 'বুংঙোদা ?—তমজে ননাই ঐথোইনা।—
করি হায়নৈ ?—কবম্মো হায়নরিগে মক্তদা
নোংবান লাকই। মতুংদা নোংবান মপু মনাইনা
ভাংনখিবা অহুদি ননাই ঐথোই তাদরে।"
খুম্মে নাইজহনবনা। থোংলেন্না যুব্রাজদা—
"মনাও 'বুংঙোবু !—মন্ত্রি !—ননাই নোংবাল লাকপরা ?—
ইপু মন্ত্রি হায়বিয়ু।—হায়রিবসিনি কৈনো।
নয়ুমদা পুসিজবো হায়বিবগী, মশানা
য়াদে-য়াই, না-য়েকই হায়বগী খনবিকম থোকই।
মাহু চুম্ব তাকপিয়ু নম্ববদি য়াররোই।"
হায়ন্না মোইরাং থোংলেন্না মতিং কোংনা তিংশোক
তিংখাক উৎনা ভাঙওকই। যুবরাজনা—"লাকই !
'নাব-য়েকপদি লৈত্তে, অনাবা হৌই, অহুগী
সগোন তোংগে হায়হুনা তোংই, সুম্ তৌনি হায়বা
খংদবনিনা সোমদা চংলক-লাক্লকইগদ্রা।
ইবেম্মবো হংজগে লাকইবনি' হায়হুনা
হায়রৈ হংলৈ নোংবাম্না। ঐনা কৈনো সুপীনা
সগোন তোংই হায়বদি পাবারিদা তাবরা
পুবারিদা লৈবরা ! ইচা-শি নারবদি
হায়না চৈথি খোংবানবু; মাগু অহুম চংখরে।"
হায়। থোংলেম্না—"ইবুংঙো। করে দুদি যুব্রাজ
কুইরুহুনা কাম্নদে বিচারসি তেন্সিন্সি।
'মতা চেন্নগা য়াংই।" হায় চৈরক অসিমক্তা
"কবো নাইউন তমাগা মতাহুদি কদায়নো।"
হায়না লাওই প্রজানা। থোংলেন মান্না—"ভাইবিথো
মাহু কোম্না থিগনি। বাসী মক্ক হায়ধদি

থোক্নে মজাই 'বেম্মা 'বেম্মা কৌক।" হায়রক্নে। '
নিংথৌমা—"চুমই ইপু। সিদা ইচানি হায়বা ;
অমতংদা থোকথরে। মরা লৌবা য়াদৌবা
মী অমতং থাসিনে।—অজ্ঞা, সনা চোরোম্বা
ননাই 'ঙাওবা থোংলেনবু ঙাকপিগনি চুমথরে।
ননাই ইচা খম্বদি কৌহনদবা য়াদরে।
কৈ ইপু কৌহল্লুসি।" হায়নৈ দোলাই পাবা 'নি
খম্ব-কৌবা থানরে।। নোংবানগী সেন চাক্নবা
অঙম্বা খর অহু লাওই—' করিনো খম্ব !
চাওমল্লিনা !—করিগী ?—?—শা ওঈগে ওইজনমু
অমা ওইগে ওঈসনু কংলা য়াইপুং য়ৈরবদি
কারককৈ করিগীনো ! মজাইবেম্মা কাই হায়বা
মাগী মতৌ অসিনা থাক্নে ঐথোই।" হায়রকই।
মপু মোইরাং নিংথৌনা "করি বাসো 'ঙম্বা-শা
ঐগী সুমাং শিংভানা মীগী শিংলুবা থৌকই।
চাওথোকপা নক্তে খম্বা ঐগী য়াথং ইন্দুনা
কারক্লবা খম্বনি। কাওকাইঙদা হায়খিবা
নিংথৌ ঐগী য়াথংনি। ঐগী য়াথং নৎতনা
কারকনু হায়থরে। হুনা কারকভংনি।
হাই হাই দোলাইপাবা 'নি।—অজ্ঞা।—নিংথিনা ঙাংউ !
বাহৈ কারন, চল্লনু। অথৌবগী মচানি।
পাওদম্ কজৌ থংউকো। খম্বা হায়বা নিপাদো—
লৈপাক ঐবা নাম্ম ওই, লাতোল-লময়াইদা মাগা
থিন্নবদা মমায়দি ওল্লোইদবা মচানি।
থংউ।" হায়না নিংথৌমা পুথংলকই খম্বমু।
হিঃ হায়বা চপ মান্নথি খুবম মাবু কিনখি।
সুম্না তাওনা চাত্রবা ভুমসিনবম্মু লৈত্রবা

মোইরাং চাওবা লৌশিংবা তাব মথৈ তারগা
হংগৎলক্লে নিংথৌদা—মপু মোইরাং নিংথৌবু।
কেগে লৈপাক তিনবদা নজাইবেম্মবু পম্না
ঙাংনরকপা মতমদা করি হায়না হায়গনি?
সনা য়াথং তাকপিসি! করি খানো নোংথোম্বা
হংঙকইবা খাসিবু ঐদি ভাবপু তাদরে।
শেংনা হায়ু ইপুনা!— সিমি অজ্জ, চৈরাপ্তা
নজাইবেম্মা খোইবীবু সনাইবেম্মা হাযগত্রা।
মবা লৈবা মুপীবু হায়গদবা অসিনি।—
করি খানো নোংথোম্বা 'নজাইবেম্মা, মমৌদা,
মমৌ 'বেম্মা, মমুদা মমুইবেম্মা অমুমা
চৎনবদায় অসিবু অঙাং দৌনা হুজিক্তা—
হাও অরাম ওইরগনা নহা মুপী সুম্ হায়নৈ।—
অজ্জা! নজাইবেম্মবু কেগে লৈপাক তিনবদা
মবা লৈবা মুপীকা মুম্না ঙাংশকপসিদ- ?
কনা কনানো নোংথোন্? ননাইশিং ফম্ তরাগা
মাখোইনি লাইরিক্তা লৈ।" হাযরগা নোংথোন্—পারে।
"থাগারাকপনচিংবা ননাইশিং অসি ওইরে।-
নোংথোন চুদি করিনো! ঙারাংতা নাইবা ফম-নত্তে;
মহোয়মক্না চুম তৌবা! হায়রকপদা নোংথোম্না -
"ফমদৌ নিমাইপা" কৌই। নিমাইপানা - "নোংথোনবু!
ফমশিংসি চিংথোকউ। বাওসেন কাগোকম্ লৌথোকউ।
চৈরাপ কাচিন্দা থম্মু।" হায়বদা নিমাইপানা
তয়াখাখোই চিংথোকখ্রে। ইম্লোকখরে। চৈরাপকী
কাচিন্দা থমখ্রে। লৈখ্রে - অকংবা চৈরাপ্তদি
ইথৈ খোংশা শেমখরে। কংফাল লু থুম হৌরে।
ফমশিংসিগী মনাইশিং লোইন্ লাকপা মথেদো

মুংঙাইনদে কপ্পরে মাগী মাগী মপুনা
কমতাবদু উবদা। চাওবনা—"লৈপাক মচা
মশক মতৌ ফজবা গুণ-লৈবা কনা লৈবা!
কমহুৎ হাপ্তবা য়াদে।" অস্থুম্ হায়না লাওরকই।
কনা 'মত্তা থুম্নদে। চাওবা তোথনা থোক্লক্লে
মপান অদু। থোংলেম্না—"চাওব মং হৌগৎমল্লি
মপাম ত্তোয়মল্লি ইবো, শেন্ ঙাগদৌরিবরা?—
কল্পি বানোদা ইত্তাও! হকচাং ঙমদেনে ইবো।—
নহুৎশিনবা ঙম্লবা থোংলেন্ ঐ লৈরিদনা!
কল্পি ওইনা ঙমদ্রিবা হায়্ তাগে।"—চাওবনা—
"মংনা শিনবা য়ারোইদা, শিগে তৌবা নত্তেনে।
ঙরাং ইরোলবা থর, মোরোক অত্তেকপনিনে
চাশিল্লুমে হুননি পুকসি ইম্নুং মুংঙাইতে।—
কৈ অদু ওইরবদি।" মুম্না থোংলেন থিথিদ্রে।
মবুক হোবা থোংলেন্দো মোরোক অতেকপা পানবা
মতম্লি নত্তে থন্দে। নিংঙাইখিদে তোক-থোকই॥
কম তরাগা মাথোইদো—"কম্লো যারবদি 'খো',
কমসি হজিল্লনবা অমুক্তদি নোমসিনা।"
থম্লরকই। অমনা—কনাদ নোম্মৃগনি?—
চাওবদা।—কৈদৈ য়ারোই, মমাক কাদা য়েংপগী
ঙম্মবদি হাৎলগে নিংইবনি চাওবদি।
নোম্মূহুনা কামরোই।" হাযবা য়াওই কনানা॥
থাংগ্রাকপনা—"ঐ তৌগে।—কৈ য়াবু য়ারবদি।"
হায়নৈ থাংগয়াকপদো কোইক্ল কোইক্ল য়েংঙকই।
লুকাইবা তাপ্পা ওইরে; থল্লে চাওবা থোরকই।
থোংদা থাংগবাকপনা চাওববু থৎলে।—"ইচা!"
চাওবনা—"ইতোম কল্পি ওইরথনো?—থুরাবু,

করিগুম্বা অমত্তং ?—কম্বিনিনা হায়রিবু।—
ফম্ অসিবু ঐখোইবু 'মুক্তদি হৎগৎপিয়ু।
অম'মগী ওইরোকো কৈ খোইনা ইকাইয়োই।
থিংথৌ মরোম কয়াবু থৌগল লাকপা ইত্তোনবু,
থৌগল লোন খংদে হায়না ইফম ভাখি হায়বদি
ফম্নাই নিংবৈ নত্তেদো শিবনা করে ইকাই।
ইচা নোংথোম্বা 'মুক্তা। লাম্লে হায়বদি খংব্রা ?—
থৌগলোন খম্ব কাইখ্রে লাম্লে ঐখোই।—খংবোইরে।
নরৌশিংদি লৈত্তনা করিগী সেন চানিঙিঙ।
হৎগৎপিয়ু হায়রদি থিংথৌগী প্রনামিদি,
ঐগীনা কয়া তমমি ?—নিংথৌগীনা চামনি
নোংথোনগীনা কুম্ব্রাদং।— কৈদৈ, মাহু য়ারয়োই।
ঐগী চামা থিংথৌগী চনি, 'হুগা হৎপৎকে।
ফরে ঐখোই ত্তোজনি।—হুদি ঐ চংলে" হায়না
চাওবা নোংথোন চংখরে। ওম্বা তরা মাখোইদো
লুপা চহুম খোম্মুরে। লুপা থুংলবা মতম
চানা চাওবা থোরকই। য়ারিভৈদা খোক্তোকে
নিংঙে চাওবা। "লাইরিক্না হায়রি—সনা ফম্জন্বা,
সনাদি করমদৌনি ?—সনাদি য়াওদে কম্নো ?—
ককও য়াদবা য়াদে।" হায়বিহুনা চাওবনা
অঙম্বা তরা মাথোই করে মনাদৈ সনা
নাম্মা নাম্মা খাইহুনা। ময়াম মত্তৌ উবদা
খাং-ঙমদে ভাওবা নোকই। ময়াম হুনা—"করিনো ?
ইঙেঙা নোংথোম নোকপদে !—সনা নাম্মা য়ামবদি
য়াদে সনা মাংদদি মপুই দণ্ডি ফংগনি।
নাম্মা হুমু লৌখোম্লো।" হায়রে—হুম্মু লৌথোকলে॥
"সনা য়ামদে হাপ্লকখো" অমুক হায়রে চাওবনা।

হুম্ব অমুক হাপহল্লে। পুন্নপ পান্নরে নোংথোন্না।
"তোল্লে তারে হায়হুনা সনা বুদ্ধি তৌলন্নু,
থুদৈ ফুখিৎ লৌথোকউ। থুরম্মু ঐনা হোরেন
খুং হেক হৎলকপদনে, সনা ভাংগ অহুমনে
লুপা তাংগ অহুমনে থাও কৎলু হায়বিরম্মে।
চাওবা চংগ্রে। ময়ামদো মফী মরোন লৌথোক্লে।
মাগী মাগী কমকমদা লোইনা পৈরে। চাওবনা—
"ননাই শিংসে ইনিংথৌ কুইজরবা ঙাক্তনি।"—
হংগৎপিবে মপুদা চাওবৈ ঈঙ্গিৎ য়েংহুনা
থুবমজরে ময়ামদো। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"ফরে নোংথোন কুইরক্লে ময়াম অসে, অহুদা
থোগল্লোন্দা থজিক্তং।—অজ্ঞা অহন ঙাক্তনি।"
সুম্না পাংসিনবিহুনা তরামাথোই লৌথৎলে।
লৌথৎলবা ভুংতুদা ময়াম ঙাংনৈ- "করিনো!
অসাই সনা লুপাহু উদে কৈনো কৎতেনা?—
তুমিল লৈয়ু হৌরুন্নু। চাওবৈ কেপ্তা ময়ামদো
মহুম শাগ্রে। মমৈদা মচা ওল্লবা কান্দা
কোন্না কৎকদৌরিবা! মানা লোগে লৌসন্নু
লোইরে 'থোইদি লৌথৎলে।" সুম্না হায়না তেম্নখি॥

১০

চৈরাপ দোলাই পাবা 'নি থুমন কৌবা চংখিবা
থুহুক থুংথা অনিগী দোলাই পাবা 'ময়মি।
থুমন অঙাং খম্ববু করি হায়না কৌগনি।
খম্বরকই। য়েংল্লরে। য়েৎন-য়েৎন লাকপনা
[illegible] [illegible] থৌরক্রে। থোংলেন মনাই মুখনা

গোদা অমা পাইশিল্লে থোং-শংছুনা লৈরমই।
খুংথা দোলাই পাবদো -"অজ্ঞা" হায়না মুবদা
দণ্ডবৎ তৌরে। "নংদি অসাইদি সিজমতৈ,
হায়বা ফাওবা হায়রোইকা হায়বদায় ছুগা হৌজিক
থোং-শংবদা করিগী অজ্ঞা হায়না খুরম্মি।"
হায়না চৈরে নোক্লরে। খুম্না ওাংনরিতৈদা
মুবনা "কনা কনাগো করিদৌবা লাকই?—
ইবুংঙো সিজ মতৈ খুমন অঙাং ইবুংঙো
মপু সনা য়াথংনি কারকউ হায়রি 'য়াম্বা।—
ছুদি খুম্তুক লৈরম্মু, ঐগী 'থক্তা ইয়াম্বা
লৈরি অহুক য়ৌখিগে।" হায়রে মুবা চংথরে।
কৈরোইজাম্বদা তম্মে। কৈরোইজাম্বনা—"ছুদি
চংহন্দবদি চুমদে অহুমকপু ইসেনগা
মজাইবেম্মগদা হংবা থোকই। হায়ছনা
চংল্লে কৈরোইজাম্বদো। খুমন মানা—"বাইবুংঙো!
সনায়াথং ইবাইনা ওকপিখিবা য়ারবনি,
অহুমকপু নসেনা ওকচবনা ফগত্রা,—
ইবাইন্দু ছুম্না খল্লি।" হায়। মজা ইবেম্মনা—
তাদৈ 'বুংঙো মহোয়দো থৌগল্লোন খর কুপ্ন
থাজিন্‌বিরকউ হায়রে। মুবা—"দোলাই পাবা 'নি
চংরা য়ারে। অহুগা কীদাককা নেংকনি
নিংথি নিংথি চৎলুকো।" হায়রকই কিরে 'মিদো।
ওসি খুমিং অসিদা মজাইবেম্মা থোইবীনা,
খুমন মাগী মাংগোন্দা কীদা মুংদা শেমখিবা
তৌগে হায়বা মতাদি। করি ইয়াও য়াওদনা
উবা 'মতা থেংপদা সনা খুংনা শোকপদা
য়েংবা ওায়রবনি। থোয়ুম লাংওন্‌ থোইবীনি।

কয়াংজিনা থুংনা-থাই কীভৌ অমুক থাজিল্লি।
কয়োদগী পুরকপা মালং ইপোম হোয়বা
য়ুথল মথল মথয়ে পুমকোই কোয়না য়াল্লিল্লে।
বসন্তবা ওইবগী কোকিল শিংনা লেম্বনি,
ইবেম্মগী খোম্ফমদি মতম হায়বা লৈতবা
ইবেম্মনা লেপ্পদা বসন্তনা ইঙ্গবা।
থাদোই মাগা লেপসিল্লে নোংয়াই মাগা কমজিল্লে
মাংগোনহুনা নিংথিবা পান্দম লৈতে নুমিৎতো।
মপু মোইরাং নিংথৌনা লেংলকপদা চংবদা
হংগোইনবা কিনবা থাদোই শক্তি হাপ্তুনা
শেমই হুমিৎ অসিদা। দোলাই পাবা অনিদো
হায়না হায়না যোরকই। কিখিবনা অনিদো
মায়কৈ সলাই থংদরে। শীগুম-লম্বীদা কারে।
খুমন মানা লৈপাক্তা খুক্ক খুদক কুন্দুনা
সনা য়াথং অহুবু ওকই ফীগাও শাদুনা।
"—কারকউ হায়রি।—ঐস্থ কাজগে হায়না
ভৌজরম্মি, করম্বা?—লোইনরকউ হায়রি।"
অম্রুম্না দোলাই পাবা অনিগা খুমন মাগা
ভাংনৈ। মজাইবেম্মনা নোংয়াই মাবু খাম্মম্মে।
দোলাই পাবা শিংহুদা—'নহোয় করি লমদৈরেনো!
খুক্ক খুদক কুন্দুনা পাও তম্বা হৌনৈ কৈনো!
শিগুম-লম্বীদা চংবা ঐবু লৌবা নিপানি!
থংত্রা নহোয় ঐহাকপু! নিপা ওইরবদি ঐ
নিংথৌ ওইগদবনি। নহোয়বু ঐনা হজিক
শিব কাওবা মুবদা কনা কৈদৌজরনি।
অহন্ পান্দবা কোয়েৎ-য়েৎতবা বাঙাং ভাংবা!
মৈয়ো লাও হাই কনা লৈ।" কৈরকলদা থোইবীনা

দোলাই পাবা অনিন্থু উচি ইশিং তাবগুম
মুর্ত্তি অমা ওইখবে থক থক নিকপ্রে। খম্বনা—
ইবেম্ম ওক্লে—হায়না খাম্মে মনেম মচাবু॥
"চাজোসে" হায়না পানা চহুম অনি 'নি পিরে,
মনাই অনিদা। 'নিনা—"ননাই 'থোইবু থাকুপিযু"
চোরোন্দা থৌগল্লোন খর কাইপ্রে" হায়, খুম্নমই।
অনি অহু থোরকলে। মতপ অমমম খাকই
অমমম্বা চাজবে। থোং যৌবদা মুবনা—
"নহোয় নফীদো কল্লু" হায়বিরে।—"নমাই ঐথোই,
কৈম্নু পুজ থোংচদে।—তুম্নু কল্লু য়েংগনি।"
অনিদো মফী কল্লে। চহুম অমমম্ তারে।
মুবনা —"কৈদেনোসে, হুরাল্লকইবনি, সি
নহোয়গুম্না চাবদা মতিক চাবা পান্ন-রা!"
হায অনিদো ফাবিরে। কৈবোইজাম্বনা—"মুবা
তৌবিরুম্নু হৌনদে।—মাগী মাগী কা-হায়বা
লৈরিদোসে মাসিবু, ঐনা মন্ত্র হৈজবে
ফাজরিবনি মাসে।" স্নম্না শোল্লি মুবনা।
অনিতুনা —"ইয়াম্বা, পানা চহুম অনিসে
চাবিহৌরো, ঐথোইবু থাদোকপিরো"—হায়রক্লে।
মুবনা পীম্ন চাহৌরে—অনি চৈরাপ য়ৌথ্রে।
সোমদা মজাইবেম্মনা—"ফীদা পুগদবা মী
কনা কনা লৈবগে।" হায়না অহুক্ক লাওই।
কনা 'মতা থুবথিপ্রে। মুবনা তারে—"কৈনো
ইবেম্মা! শকওই-চাবা মীনাই অমতা য়াওদে।
খুম্মরোই কনা 'মতা। হোয়নে তাদ-মুব-নে
কমামতা খুম্নদেদো।—ননাই ঐনা পুগনি।
ফীদা থাকমদি খংব্রা?—খংই নমাই ঐ য়াম্না।—

কদায়দা ?—অহাংবদা ।—কৈদগী মাতু নত্তে ।
পাবুংগা ইশনগনে অনিত্তগী মরক্তা ।—
ইনিংথৌদি মথা ?—মালি ।—'থোইগী মক্সিবু
কায়ন্নগনিলকো ?—লৈরম্মনি ।—করেদা
থাগে ননাই ঐ ।" হায়নৈ । ফৈরোইজাম্বা মবাইনে,
মনাই নিপা হক্কুগা মুবা-ফীদা পুহুনা,
খম্বা মশেন মবাইদো কেগে চৈরাপ কারক্লে ॥
পাৎচাও-লাইম-কোন ভানরম চিথেক ম্নৌরকপদা—
মনেম নিপাল লৈরম্মে । ইমা শরু ঐহাকপু
লাংগোনগদৌরিবিনি থজত্তুনা খম্বনা
খুরু খুদক কুন্দুদা ময়াম অহু খুরমই ॥
করিগীনো হংজরে । মনেম নিপাল অহুনা—
"খুমন ইবুংঙো কুইরে ; নকু কাখিবদগী
ঙাইরিবনি ইনেমথোই । পুংগী মরোন অসিবু
ইবাথোইনা খংহুনা বা হায়গে ঙাইরম্মিদো,
বারম য়াম্না খুম্মুহু । অনি মরিদা খুম্মু ।
লোইবী কত্তকপনা, হেম্পা কল্লেম্নশিংনা,
সংঙাই মাগী মশাদা তানা খিনগদবদা,
কিরহুনা সঙাইনা চেম্পিল্লক্লে মতোমদা ॥
কনবিবা য়াবা মীনা সঙাই মাবু কনরিব্রে ।
চংজরক্লবা জীব কগুরক্লবা সিবু,
হাওগী খুৎতা পিথোকে নিংলবদি, মাসিগী
পাপ্তি কনা পুগনি । করিগুম্বা য়াদব্লো,
মাগী মমন অহুবু হাওদা হনবা তারুব্লো,
শা অহুগী মমন্দো ঐখোই মিপান অসিনে,
নরেম তরা মঙাদে ইনেম খোইনা থাংগনি ।"
হায়রে টিংথু তাল্লোইদি নিপান অহু মাল্লনা ।

খুমন মাগী কাহুদা ৱারম চিন্দায় পাওমেন্লে।
খুমন, মানা—"খংজরে ননাই ঐহাক লেংজরোই।"
হায়না য়ারে মৱাদো॥ কৈরোইজাম্বা হরাওই:-
"সিবু থোক-ওইগবরা খল্লুবগী ৱাবনি"
হায়না খুমই মঘামদা—চৈরাপ তম্বা কারক্লে॥
য়েৌরে, মচা উবদা থোংলেন মপু চোয়োন্দা—
"ইনিংথৌবু!—ইপুবু?—নমোম ইবেম্ম সিবু,
মোইরাং কম্মাইবাশিংগা মকোক কনা' কমগনি?—
করি ৱানো, মিত্রিবু ইখং-খংদ-অঙাংগুম,
ইচানা মকোক কম্বা, হৌনৈ। মমা মাপনগা
মম্মান তম্না মঙাগা অসিগীদি মথাদা:—
খংবু খংদরবদি অঙাংগা অমত্তনি।
ননাই খম্বা কারক্লে। নজাইবেম্মা হায়রবু
খম্বনি। ননাইনা হুক মথক্তা?—চুমই ইপু।—"
নিংথৌ য়াখং কংবদা থোংলেম্মা—'ইপাই শাজৌ
চংলকউ, কম্মো সিদা।" হায়না কৌসিনবিখরে।
কম্মাল্লে অঙোম নোংবান মাগী মথক খংহুনা।
নোংবান মমিং লৈরকই। লৈকম, খংদ্রে শাওবনা॥
কৈরোইজাম্বা চংখরে—মনাই ময়াম হাইজিনখ্রে॥
মুবা ইকোন কোনবদা ফীদা য়েপই, চংলকই।—
"ইনিং-ৱাংগোল-লাকপবু, কেগে কম্মাইবা পূম্বা!
খংদ্রে 'নৌবা ওইহুনা; ইবুংঙো ভোনবু কৈদা
কমপ্রবগে, ননাই ঐ খিৎতং কোম্মহোবনা
খংহৌদরে। ফীদানা কৈদা থাজগদগে?"
লাওরে মুবা লেপতুনা। ময়াম ইওক গুক্লরে।
কনা 'মতা খুমদে। "তাকপিযু ননাই ঐবু"
অমুকম্ম হম্না লাওই। মপু মনা য়াখংনা—

"ইপু চাওবা কনানো!—অজ্ঞা।" থোংলেন মন্ত্রিনা—
"অঙাওবনি ননাইসি কুম্মৈহুম তৌসি।" হায়না
লমখাং ওকই কাক্লিল্লি। চাওবনা—"হাই কনানো?
কনা তাকপা কৈদগী থোগল্লোম্নো?" খুবনা—
"সিজ মতৈ মনাইনি।—সিজ মতৈ হায়বদে?—
খুমন ইবুংঙোতোনবু।" হায়না খুমই। ময়ামদো
কনা অমনা মুংঙাই মুবৈ পাওখুম তাবদা॥
চাওবনা অমুক—"লাকই করি দৌবা সিদদে?—
লপ্লেন-কা-বু খিজগে লাকই।" বাসি তাবদা
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"ইপু চাওবা!—ইনিংথৌ।—
নিপা অসি ঙাওদেনা। মীথোইনসিনবা 'মনা
ইস্পিন্দুনা নিপাসে বাবু হৌগে লাকপনি।
মুংঙাই হাই॥" হায়না হায়বি। চাওবনা—"হাই! করিনো
মবুংঙো-তোনগী য়ুমদা লৈতবরা লপ্লেন-কা?—
মাচু নক্সে য়াদরে; মজাইবেম্মা অহুমনি,
'মতা নত্তে তুমনি!—কনা কনাদা তুদে!—
ইবুংঙো তোন-দদনি।—করি হায়না তারসি?-
ইনিংথৌসু, য়ুবরাজ, ওস্বা, প্রজা, পুম্নমক!
ইবুংঙো-তোম-লোনবা সিজ অহুম(?) অহুম্না
লাইমাং' জগোই শাখিবী মেলৈ লাংবী কোলোইনি!
(7) য়াইম-চুদি লম্‌জেন্দা, কোম্না কুম্বা নিপানা
হান্না লৈশা পায়বগী শকনে চুমে হায়চুনা
উত্রাদা পিবিখিবা লমজেন-য়াংবীসু কৌই।
বাত্রা থাবিসু হায়নৈ (৭) ইত্তোন তোনবী সিজদি
নিংথৌ অজি ক্ষমদা কাও কাবদা পিখিবা
শনক্ষা মনগী ফজবা ইবেম্মগী মমিংদি—
—১ আন্দির

সিজ তোনগী কোলোয়নি। চান্নৈ সিজ অহুমসে।
মুম্বা লৈজরিবৈদা ভরাং 'মম্মু 'মুক লাকএ।
মুমিৎ চিংদোন পকপদনি, মজাইবেম্মদা,
কবো লোইদা থাখিবী। মপাইবুংঙোগী য়াথং
লোইদৈ কৌথংপনি হায়। খোংনা লাক্কে শগোম্না,
হৈখ্রে সগোম হোংবদি। লাওরকই—"ঐ লাকয়ে—ভাও
খোংনা নক্তে শগোন-নি। ভাঙৌ লৈকাই অসিবু
মীপোং লৈতরবরা!" সিনি ময়াম থোক্লরে।
ময়াম য়েংনৈ। ঐখোইগী ইবুংঙো-তোমম্মু য়েংই।
শক্থংবনিনা 'বেম্মবু হি-মাঙেম্মা সিদে
হায়না ইবুংঙো তোম্মা ফাবোইরেসে শগোমসি॥
সগোম ফায়বা তুংদা ইবেম্মনা হায়রক্লে।—
'ঐদি চুম্বা লাকপদি নক্রে ময়ুম-নাক সিদা
চংজবক্লবী ঐন্নি। কুম্বীদা লান্দা হৌরি
চেজ্জরক্লবি মজি প্যাংগন শোনবী অমনি।
মৈগা হাওগা হুইগনা তাল্লকই ঐগী প্রান্-সি
অমুক্তদি কল্লুনা।' হায়ররে য়াম্না কপই।
পুশিন্দুনা হৌজিকপু লৈহৌরি। য়াম্না বারে
মেন তাবা ঙম্নদরে। হান্নৈ অহুম অত্তুগা
য়াম্না থিনা থৎনরে। কোনবা লাকপি সিজনা—
"হান্নৈ অহুম তাম্মোকখো মদোম পানগে হায়হৌরি।
মরি য়ৈনবমত্তুনা শিনরম্মু য়ারি।
মোন্-নাকন্দা চপ্তুনা লৈনহৌরে ময়ামদো।
ইবুংঙো তোম্মা সিগী বিচার সি ঙমদরে।
ঐগী গতিদি লৈত্রে য়ৌরুখিগে চৈরাপ-তুক
মুম হায়না লাকনবনি। ঐনা ইশিং থক্তুনা
খোংকাপ থর কোম্বরে—অসিগী লাকচবনি।"

হায়না খুৎ খুমমকই। থোংলেন চাওবা নিংথৌসু
পেনথ্রে মুখৈ মরাদো। "মীনাই মচং"—বুজিরা,
ইন্সিন্‌বিবা য়াওবরা।" হায়না চাওবা থোংলেন 'নি
য়েংনৈ থংনৈ অম্সুম্না।—চাওবনা—"আদা লৈরে
নবুংঙোন্দি।" তাকপিরে। মুবা ফীদা পুন্সিনখ্রে।
থাগে তৌবদা থামই, খম্বনা—"সুম্মা ফমগে"
হায়রে। ফীদা খম্বগা মুবন। মী য়েংলক্লে॥
মুবা সৌরা অনিসি উনবা সুকয়া য়াদে।
মথা হেকতা চিক্লবা রা' মতা হায়বা ঙাইদে
য়ৈনবা হনবা লৈতে। মুবনা কোয়না য়েংই।
সৌরা লৈবা উবদা মুবা মখা হেক চিকই।
পাম্বোম গিরি হেক তিংই। "মী য়ৈনিংহুদা" হেক হায়।
সৌরাসু মথা চিকই—"মী য়ৈনিংখরেদকো"
হেকতা খুমই। মুবনা--"কনাবুনো হাই।—নংবু
নিদনা হায়।--শকথিবা! মুপীনা পামদৈ মনাই!--
হৌদোং মানবা অসিগা, মুপী হুরানবৈ মনাই!"
হায়নৈ রা মথা তাদে। মুবা তুমিন হেক থোকখি।
সৌরাসু সং থোরকই। চৈরাপ কাচিল অহুদা
অনি য়ৈনথিবহু--মনিন্ কাকা নাইনদে,
কিন্ন হায়জিন্ হায়জিন্না থিন্নরকপা, মী ওমখ্রে।
চাওবনা চংশিন্‌খিহুনা--"শাহিং মশেন য়ৈনবা;
লাল-হিং মশেন, থিন্নবা চারে চারে।" হায়রকই।
ফীদা লংসিন্ বিরুরে। তোক্লখরে-- মুবনা
"অচিকপদা খংগনি"--সৌরাসু--"অচিকপদা"
হায়রমই মথা চিকই। অনি থাইদোক্লখরে।।
মপু মোইরাং নিংথৌনা--"কয়ুম খম্বা?--ইনিংথৌ!--
চুম্বরা?—অজা!"--নোংবান--থোকউ হায়হুনা নোংবান

থোক্লে লীরে বাফম-দু। মপু সনা য়াথংনা—
"খম্বা নংদি করি লৈ?—ননাই যুবনা অসাই
হংগৎচবা অদুনি। ননাই ঐদি তৌজদে,
ননাই ইতাওগী চয়ৈ অমন্ বা খুনবা, লৈরাং
অমন্ বা খুনবদি ননাই ঐ করিস্থু লৈতে।
ননাই ঐগীদগীনি লোই থাখিবা অসিদি
লোইদৈ কায়কপসিদি ননাই ঐদি খংজদে।
মুপী সগোন তোঙঙকই হায়বা ভাজকুবদা
মজাইবেম্মা ওইরমই—হংগৎচখ্রিবদুনি।"
থুম্মা শম্বা হংগৎলে। মোইরাং নিংথৌনা—"নংদি
মোংবান কোংয়ানবা নতাও খম্বনা ফাখি হায়রি।
ফাবা লাকপা মীশক্তা মতাওগী মী অথংবা
কনা কনা য়াওখিবা?—কনা 'মতা থংজক্রে।—
মাদু নোংবান খংমন্দে। লৈপাক 'ওম্বা ভাবিরে।
বিচারসি তৌবিরো।" হায়না য়াথং তৌবির॥
নিংথৌ য়াথং কংবদা চাওবা নোংথোম্না—"অজ্ঞা!
অনিগী বাসি বাকোক্ য়াম্না লৈরে। নোংবাম্না,
সগোন তোংখি হায়দুনা মনাও ইবুংঙোগীদা,
হংলৈ মজাইবেম্মবু হায়বা বাফম অসিনা
ননাও 'বুংঙোগী বানি। ননাই নাইজহনববা
ইবেম্মা কুম্বীদগী সগোন তোংখি হায়জরি।
মনাও বুংঙো কৌবদি নোংবান মাগী মীচংনি
খুমন মাবু য়াদ্রিবা। নাইজ হনবা হায়বসি,
যুবরাজগী মীনি। কৌথংপা চংপা ময়াম
অসিগী সাথী 'ম মুক—পুন্নমক অসি সাথীনি।
খম্বগী মীনি হায়বা য়াওদে সাথীশিং সিদা।
নোংবান মাগী মীদনা খম্বৈ সাথী ওইরি।

মুৎ-থম্বে মরাদি লৌখিরস্তু, আসোমগী
নাইজহম্ বা যুব্রাজ অনিগী বা লৌখিয়্।
নোংবানগী সাখী কনা লৈরিবা সিগা অতুক,
হংবিবনা থোকত্রা!" হায়। মপু সনা য়াথং—
"তয়ুম নোংবান নংগীদি সাখী করম করম্বা
লৈরি হায় তাখিসি?—মনাই ঐদি ইনিংথৌ!
অহিং তাংলৌ 'থেংবদা থোকপা থবক শুইবনা।"
হায় নোংবান অপাম্বনা। মতাং সিদা থোংলেম্বা—
"অমগীনা সাখিসি ময়াম থংই অতুগা
অমগীদি অমত্তা লৈতে করম ত্তোগনি।"
হায়। মোইরাং নিংথৌনা—"ঐত্তোন্দা হংবিয়গম্।"
হায়রে। চাওবনা মন্ত্রি থোংলেনবযু য়েংতুনা—
"অহিং অথেংবা ওয়াং লাম্থেংনবগী য়াসি
হৌদোক্লিরা?" হায়তুনা অনিদা ঈঙ্গিং তৌনৈ।
থোংলেম্বা—"মাতু তোকও। অহিংদা নোংবানগীদৈ
কাখি হায়বা বা অম্মা লৈরি দোমদা চংখিনি।"
হায়না য়াসি নমথরে। নোংবানস্তু হৌদোকত্রে
ওয়াং থম্বে ময়ুমদা নোংবান মনাই কয়াথুক
চৈ চাখিবনচিংবগী য়াকমুসি। স্তুম-নৈনরে॥
মোইরাং নিংথৌনা—"নোংবান।—অজ্ঞা।—কবোগী
মিপা তরা মঙাখক লোইনরকই হায়বদায়?—
অজ্ঞা।—মথোইদি?-'মনাই শিংতু লৈপোক্ পুংতুদা
কাখংলকপদা ঐগা হান্না থেংনরবনি।
ইবেম্মদি মতমসি ননাই ঐগা থেংনত্রি
তুংদা লাকহৌরি হায়না, ননাই ঐম্বা হংবদা
মহোয় লিনা হায়রম্মি। কবো তরা মঙাসি
কাখি য়াং-থায়তুনা। লৈতে ননাই ঐগীদা।'

হায় নোংবান্না। নিংথৌনা—"মুবা নংদি খংবরা
কবো তরা মভাসে?—ননাই ঐথোইগীদা নৈ।—
থুংলৈ মথুং কররা?—য়াম্না ওন্না থুংডরে।
খুমল-লাইরবগী য়ুম কদায়মো হায়না হংলৈ।
কনানো করিগীনো হায়দুনা হংজৈ ননাই
ঐথোই। মপা তুমুগী নিংথৌনা ইবেম্মদা
উনবা থোইবী মনাইনি। ঐগী য়ুমনি লৈরম্মু
হায়না 'থোই ইবেম্মনা তারুকই হায়বা লাকই।
—তুদি মুবা অসাইদি লোই কাবকনি হায়বা
খংদে হায়বা করিনো?—ইনিংথৌবু ননাই 'থোই,
সগোন তোংদুনা 'বেম্মা লাকনি হাযবা অসি
খংদে হংগৎচবনি। অমরোমদা 'বেম্মনা
চৎখিবদি লোই কুম্বা ঐথোইদগী ওইবনা
মনাইশিংদি থারকপা যাই 'য়ুম খন্দুনা লৈনৈ।
'য়ুম খঙ্গানরিডেদা পুরকপনি সগোন্না॥
মনাই থাজবকপবু কররম্মু মাদুবু
তাম্মোকসিগে খরজে। কাবকহৌবে হায়বদি
কবোশিংগী মপাওনি। মোইরাংগী মরা থোক্কে।"
হায়না খুমই মুবনা॥ চাওবা থোংলেন অনিনা—
মপোৎ থাগৎলকপা য়াই, কারক্লবদি থুংবা
ময়ুমদা সিন্দু হৌনৈ। পোৎসু থুংবা হৌমৈনা।"
খুমই অনি মান্নবা। মপু মোইরাং নিংথৌম্মু
"চুমই ইপু।" হায়বিরে॥ নোংবাল লাল্লে হায়বসি
উররক্লে অয়ুম অয়ুম। ইম্মোক-ইন্সিন্ তৌদুনা
লৈমরক্লে অয়ুম্না। লাল্লে হেক হায়দোবদা
হায়ক্রে। চিংখুববুদা মুক্কুনা লৈরে চাওবা—
থোংলেনগা অনিম্সিনা।—"সনা চোরোম্না য়ুমদো

হায়বা তুনা ময়োইবে থোংলেন চাওবা অনিদি।
হায়না মোইরাং নিংথৌদা ইন্সিল্লক্লে।" নিংথৌনা—
ঐগীদি মমাংঙৈদা পিগ্রে লোইগ্রে অসিবু,
অপোকপা মপা কৌই।—'কাইদা 'য়াম্বা শানৌতোন!
ঐনা পোক্কে হায়বদা খম্ভদবী ইচানি।
নংনা সম্‌-খোং-য়েৎলে! লোই থারেদো নংননে!
অসি মত্রা নৈপাকপো!"—ইকাই মুংশি চৈরোইবৈ।
মপু সনা পুক্লিংদা মনাও থাবৌনা ঙাংই।
চাওবা-থোংলেল-অনিনা—'সিননি সনা বুদ্ধি
তৌবিয়ু হংগৎচরি।—ঐগী বুদ্ধি হায়ববু,
হায়রিবসিনি ইপু!" হায়না খুমই। থোংলেমা—
"ইবুংঙোতোম যুব্রাজ!" যুবরাজনা—"ইপু-
নয়াম্বুংনসু হৌজিক তাকপিরিবা অসিনি।
ঐখোইগীসু 'তুমঙাই; শগোন তোংখি হায়রৈসু
মতাকপিরি 'বুংঙোনা—।" হায় থোংলেন। যুব্রাজনা—
"ঐগীদি খংদে, ফাগে ফাও ফারোই তোকউ। সগোন
তোংগে তোংউ তোংওই তোকউ ঐদি সুকখং খংদে।
ঐদি নোংবান্দা পিরে।" হায়। শিং কন্‌গুম্‌ কম্থোকই।
নিংথৌ মৈ থোক্লে শাওগ্রে—"কয়ম্না যুবরাজ!
ইনাও' নত্তিক করি নৈ!" যুব্রাজনা—' নবাই ঐ
পিথোকগ্রবা ওইবনা!" স্মৃম্না খুমই। থোংলেনবা
মৈ ওইনা হৌরকই—"পিয়ু পিয়ু মনাও 'বুংঙো!
নয়াথংনা পিখিবা নচা অহুম স্মুনবা
পিদম য়াদে পিবিয়ু। কবোদগী কারকপী দি
ঙস্মে লৌনি—ঙমদরে তোকচগনি সিগীদি।"
নিংথৌনা—"পিথো পিথো শানৌতোন।" যুব্রাজনা—
"ঙদি কান্মা খুইবগী পাংঙাং ঙাংমা খিবনি

হৈনাই ঙমংমাইদনবু।—করি নাইদনি থাগ্রে।—
মাচুদি নোংবান-হাম্লি।" হায়রে যুব্রাজ অদো
নোংবান মাগী লেপ্লদা কনা মতা য়েংখিগ্রে।
চাওবা থোংলেন অনিনা "কনা কনা লৈবগে
ইবেম্মে য়াথং 'মঙ্গং তারু কনাদা পুবা
হৈজিংনো হংউ।" হায়না মী মতিক চাবা থাগ্রে।
ইবেম্মদা তম্মরে। বাবম অসি হংবদা
ইবেম্মনা—"ঐহাক্তি খুমনগী হৈজিং খংই।
ইপন নিংথৌমু য়াওই ইম্মান মহারাণীমু
ইম্মান তরা মঙানি। ঙম্না লোইনা য়াওবিখি।
পাবুংদি শাওদুনা লৈ ইমা মপানগা, মাসি
ইমা মাপন খংবনি।" হায়বিরক্লে থাদোইনা।
ইবেম্মগী মপাওসি তম্মে চৈরাপ তিনবদা॥
যুব্রাজনা "ঐগীদি অদু অদা থংজদে
হায়রিবসিনা লোইরে।" হায়রে ইশিং চংদরে॥
অস্থম তৌনরিঙৈদা অহল মতম ওইরবা
থাইনগী অচ্ন্বী 'মা কারকই। মোইরাং নিংথৌ
অহল অদু উবদা—"ইপু অচ্ন্বী কৈনো
কারক্কবমু য়াইনা।—অজ্ঞা নমাই ঐহাক্তি
অহল মতম ওইরক্লে কম্-কংথোককে হায়না
কাজরকইবনি।" হায়। নিংথৌনা—ইপু কৈনো
নথাগী অঙাংশিংনা তৌসনু বিচারদি
অদুগা ইপুদি চুম মরৈমুনা। পুম্নিগা
অচুম কোম্রজৌ করি হায়দোক্লদৌরিবনো!
কমদি হায়দোক হৈদেনা!—অজ্ঞা চোরোন কৃপানি।—
বা 'মা হংগে ইপুদা, 'পুদি অহল ওইরবা
মুপী বিচার তৌবা মতম কুইরক্লবনি।—

অজ্ঞা লৌখিগদরা ?"—হায় । মনা য়াথং—"লৈবাক
চৈরাপ ভিনববু ইপু অচ্‌ৎবগী মরাসি ।—
ননাই ঐখোই য়াজনি ।—হায় ইপা লৈপাক্লা
য়ারে ইপুই বিচারদা ।—অজ্ঞা ননাই ঐখোইনা
মুপী বিচার তৌবসি—হাও অরাম ওইরগা,
লুহোংলমদায় মতমদা ঐদি পামদে হায়দুনা
চংশ্রবদি মুপীনা মাগা মান্নবী অমা
তম্না পিনৈ নত্রগা মমন হন্নৈ হায়বনি ॥
লৈম-সিজ অমদি ব্রহ্মান্‌ মুপী ওইরবা —
চেক্লা চাগী পান্দম্নি ॥ উনা অপুংবা 'মদা
চেক্লা মামা কায়দোংবা । অমুক তম্না পায়থোকপ্রে ।
ওরাংগী পামেন 'দুদা তোংগদরা হায়ববু,
তোংদে সোইরোম্বা উক্রোং 'মদা 'মুক তোঙওদুনা
কৌবা ইনুংশোই লেনখি । কাইদোং হায়বা মাইনদে ॥
মমন মকাপ পিনদে বায়েনজৈ অস্সুম্‌ তৌনা ।"
হায়রে অচ্‌ৎবীদুনা । থোংলেম্না —"দুদি—ঐদি,
তোংনিংমা মতম মখৈ খুনন পামেম কায়দোংদা
লৈবিসনু দুদগী পাইনিংলকপা মতমদা
থাদোই চেক্লা ওইবীনা পাইথোকখিবা মতমমু
খুমন ইচাই মরানা চৈরাপ বিচার কৎলোই ।
মনাই বাখৈজরগে ॥" হায়রে থোংলেন মথুত্তা ।
লুপা পায়রে থোরকই । চাওবনা করাংজী পায়
থোংলেন মতুং ইন্নরে ॥ মতম অসিদা চিংখুবা
খাত্রাকপবু য়েংদুনা ঈাঙ্গত তন্দো তোরে ।
খাত্রাকপনা—"ইসেনবু ! মন্ত্রি নমিং তৌমল্লি—
য়াররোইদরা য়াখিরোই ।—দুদি লান তৌবা তারে ।
খুৎতা পায়বা মনিবু হন্দোকপদি হৌনদে ।

খুংলাই পায়রো থোবকও লৈপাক কুম্মৈ য়েংবিরো।
করি ত্তোকনি লেম্না। কনাগুম্বা 'মতনা
খাম্বা লাকপা য়াররোই মপা মপা, মচাগা
মচাগা খুংলাই পায়রো।" লাওয়ে থোংলেন খাকতরে।
থোংলেন থোইনা হরাওয়ে। অংগোম মক লুকুবে।
নিংথৌনা—"চুমই য়ারে, অংগোমস্থু ইনাওতোনস্থু
চোংথোকপিয়ো য়েংঙসি। শামৌতোম্না খাংবগী
অংগোম লোমমা খাংবনি। খাংঙো।" হায়বে শাওরে।
থোংলেনগী মায়কৈ রোমগী মী মথৈ হরাওনরে
লান তৌবনি হায়বদা। থোংলেন্না—"অহাংবদা
থোরকও।" হায়না ত্তোয়না খাক্ল খাক্লা লাওবকই।
মপু মোইরাং নিংথৌনা মতিক লৈতে হায়বসে
উরে। অংগোম কাংবুবু। সনা বুদ্ধি তৌরগা—
"ইপু মন্ত্রি ঙাইবিখো মতিক লৈত্তে ঐ খংই।
খদাং পাল্লি হায়দুনা ঙাংব-শাব-হায়দুনি।
মচিন তারগা লোইগে ইপুই থোকপা বিচার
তৌখো ইপু॥" হাযবকই। থোংলেন মাংনা—"অদুদি
ননাই ত্তৌ হায়রবদি লৈপাক, নিংথৌ, কোংযানবা,
খম্বস্থ লোইমা লাম্লে! সিদা চুমই হাযবা
অসিদি নজাইবেম্মা নৎতানা কনা য়াওত্রে।"
মাদু তাবদা লোইনা নোকই। অংগোম 'খৈদদি
নোক্কে তুমিন তুমিল লৈ। নিংথৌ ফাওবা নোকখরে।
থোংলেন মবুক্তা শাওই—। "নিংথৌবু লাল্লি হায়বা
ননাই ইত্তিক নংচদে থোদোমবু হায়বনি।"
সুম্মা ভারে থোংলেম্মা। মোইরাং নিংথৌ পেঙ্গত্রে।
মবুক হোবা থোংলেনগী রাঙাং খুদিং খুদিংদা॥
নিংথৌনা—"ইপু ভাসি।—ইনিংথৌবু মাসিনি

থাদোকপগা খিন্নানা নুংঙা মজাইবেম্মা
সেম্বী লোইদা থাখিবা মপু সনা নাকোং তায় ।
সেমথাংদগী থাম্বিদে, লাম্রা, ইনিংথোমদি ?—
লাৱে ইপু মাহুনি ॥ —ননাও 'বুংঙো লানবনা—
অঙোমদদা লৈররোই হায়বগীনি লোই কুম্মে ।
অহুগা অঙোম্ব 'মুক লোই ওকহনবা অসিমা
লানবনি যুত্রাজনা ॥ ননাই ঐখোই-লামবদি—
পাৎতা তাবা চেক্লাগুব কাবা ভম্মরোইদবা
নজাইবেম্মা থোইবীগী বিচার তৌনি হায়রনা
তিনবা লৈপাক ঐখোইসে লান্নবনি মাসিদা ॥
থোংলেন মাবু কিবনা অতৈ লৈপাক ময়ামদো
মথা থোইনা থিরুদে চুমই চুমই হেক হায়নৈ ।
"নোংবান মানা—মহাকপু পামদে হায়বা খঙবা
নজাইবেম্মা অসিবু ঐ লোই ওকনি পম্মৌ
সনা য়াথংনি হেক্তা হায়দুনা চংলিবসে,
নোংবান মাগী মরাম্নি । করি দৌৎগে মাম্মু
মপা মমানা পিদে লাকএ মখোং খোংদুনা
সিবু ঙরাংদগীনা লাকএ ঐদি খমগনি,
হায়না হেকতা মথম্মা খম্বনা সিদা লারে ।
চোংলেন-লীলেন-খাদগী তক্কা-য়াইরং-চাল্‌-ওইবী,
চেক্লা ওইবী থাদোইদি করি অমতা লান্দে ॥
হায়না লাওই খোংলেম্মা । ময়ামদো হায়মরক্তি
তৌমরক ইওই-হেকওই । চুমই ইহায় হেক হায়নৈ
মপু মোইরাং নিংথৌনা মনাই নোংবান কৌরক্লে—
"তমুম নোংবান অপাম্বা খম্ব নংনা রা হায়গে—
চামা চামা খুজিং ওই ইচা শক্ত ফুহোংগে ।
কেগে লৈপাক সিদগী নংনা পাম্বা খম্বুকো,

তন্নুম কব্রি হায়বগে ?- সনা চোয়োন কুপানি
ঐগী লাইবক কবনি অম্নুমদি ওইববু
হাও অরামগী মচানা লৈম শিঙ শাবন্নি ।
ননাই ঐদি পাম্জদে ।—খঙেঙ নোংবান লৈয়োকো ।
খুমন ইবুংঙো শাজো !—অজ্ঞা ।" হেক খুম্বকপদা
চাওবা থোংলেন অনিদো মুংশা থিরে কব্রিনা,
মবুক কবা খম্বনি পিথোকখিত্রা খন্দুনা ॥
নিংথৌনা—"খম্বা মংনা পাম্বা খল্লু ইবুংঙো
ঐতগী ইমায় য়েংউ । ঐগী য়াইশ তোংহুনা
তোংমিন্নসি ঐহাক্না মোইরাং কৈথেল মাপন্দা
নিংঙোন মথৈ পৈহনগে । নবুক তাবা মহাকপু
ইচা মন্নি হায়হুনা য়োক্কে নিংথৌ ঐহাক্না।
মহারাণী মনাক্তা খ্বাইগী মথক ফজ্ঞানগে ।
নিংথৌ ঐনা পোকপনি । চাম্না খুজিং ওইহুনা
উনগে ইচাই দমক্তা ।" খম্বনা "মনাই ঐহাক
ইগুনি" হায় । মাহুবু তারকপদা লৈপাকতো
ঝ: লাওথরে চৈরাপ্তো । চৈরাপ তিনবা লৈপাক্না—
খম্ববু পাংদে হায়বা কয়া অমা য়াওথরে ।
"মানা কনা প্নামদে থোইবীদনা লাংঙ্বিবনি ।"
থাকম তরেৎ তরানা ময়াম অসি নৈনরে ।
মীকুপ অসি মন্নুংদা হাৎনদোবা য়াওরক্লে,
থাকম অসিদমক্তা লৈপাক অহু শিনখরে ।
থোংলেন শাওগ্রে—"পাপীসি মঙক কক্কে ঐথোইগী
ইমায় য়েংদে ।" হায়হুনা কুক হেক হৌগংলি । চাওবা
থুকতে । থোংলেন্দা—"হাই-দৎ, অপংবা থা লাকখিনি,
মপাগী মচানি, লৈপাক অমুক্তা ছাইবিথো।
খথৈ মবা লোয়নদরি ।" হায়বা খামই চাওবনা ।

খম্বনা—"ননাই ঐগী ইবা লোইদ্রি ইনিংথৌ।—
তয়ুম লোইদ্রিববনে?—ননাই ঐহাক লোইজদ্রি।
হায়ু হায়ু শাজোবা।—ননাই ঐনা ইত্তাওদা
হেক পিথোকপসিদি ইতিক ওইরোইদরা খঙ্গে।
লংথুনু মচা লোকপা নুপী হাৎপা পাপ অসি
য়াম্না চাওই মুম তাঙ্গে। হোরেন নঙ্গা 'বেম্মনা
শিগে নাগে হায়ত্তুনা শিখি নুংখি থোক্লদি,
কনাগুম্বা অমতং চোংথোকহনবিগদবা
চোরোন নোংদম তমবিয়ু নত্রবদি ননাইবু।
হান্দক মপোক অসিসু লমজা মপোক হায়রুনা
পাপ্তা পোক্লে অসিদা অমুক হযেং অমসু
পাপ্তা। সুম্মা পোকপদি চোরোন কৃপা তৌবিয়ু।"
হায়না খুম্মে খম্বনা॥ চাওবা থোংলেন পেনখরে॥
মপু সনা য়াথংনা—"ইচাই পাপ পুগদবা
ওমগনি হায়বা কনা লৈবিবগে চোংথোরকউ।"
হায়না লাওরে। কনাসু খুমদে তুমিল লৈমল্লে।
ওম্মোই ওম্মোই হায়বসি সোম্বাংননা হায়নখি॥
মপু য়াথং—"লৈতরে তয়ুম খম্বা।—অহুদি
ননাই ঐসু ওমজরোই।—তয়ুম মতিক চারেনা।"
হায়রে। মতম অসিদা নোংলে খম্বনা বা 'মা।—
ননাই ঐবু চোরোন্দা করিগুম্বা অমত্তা?-
হায়ু খম্বা করিনো?—ননাই ঐসু খাংগনি
ননাই 'তাওসু খাংসনু। সনা য়াথং পিখিবা
সিজ অহুম হুদদি—। —করিবানোনে খম্বা!
ঐদি ইচা পোকচদে ঐদি অতাংবনিনে।
অতোন্ যুবরাজ পিল্লো।" সুম্মা হায়না নৈনরে॥
বাসি নৈনরকপসি মথাং মথাং ওইরক্লে।

মমৈ সিদা খোংলেম্মা—"ফবেত্তুদি য়াফৈনা
মপা-মপা য়ারম্নু মচা-মচা পাবদি
য়াফৈনা করিদোই—?" হায়। নিংথৌম্নু—"পাফৈনা"
হায়রে। যুবরাজ য়ারে। মমৈ থংবা বিচার
চাইনবুং থোন্নুনা চাইনবা তারে অনিসি।
মতিক চাবা লৈপাক্কী মীনা লমশিং ওন্দুনা
চাইনবুংবু থোনখরে খম্বা নোংবান অনিগী।
মথুং চাবা তা হুবু খম্বা নোংবান পায়নরে।
চাইনা পুংদা কানরে লৈপাক কুম্মে য়েংলক্লে॥
থোংলেনবনা—"ইচাদি অবানবনি অদুনা
কোম্না তা-সি হুম্সন্নু।" হায়না লাওই লৈপাকতা।
মোংথোনবদে পাখংলে।—"করি থোংলেন ইচানা
করি কোম্না হুনগনি।" হায়রজে চাওবা মুংশাথি।
থোংলেম্না—"নংনা খংব্রা।" চৈহংপিরে চাওবদো।
শাগী লানগী মরমদি চুমই খংদে চাওবদো।
মুম্বা মৈরান অসিদা অহল মতম ওইরবা
অমা, লৈপাক তিনবগী চাওবা নোংথোন মাংহুদা
তুররে রাদি হায়দে। লোকতা পংখু থুরকই।
হংবা খুমবা ভমদবে। কৈনো য়েংউ—য়েংবদা
মৈহুম মুরোক য়াওরম্মে। মৈহুম মুরোক থৈদোকলে।
ভাহাক পোৎথাহল্লগা মাগী মরা হংলক্লে।
"ফুবালাগী অহন্নি—ফুবালাগী ইপুবু,
করিগীনো?—থোইবেনভাকতা কৈ ভাওরে মী শোক্লে।—
নিপাবা থুপীরা ইপু? মুরা লাইবক থিবী!
লৈশাবীনি খোয়াংজম চন্নুনি মুজা কোলোই
কুজমালা কৌই। খালে লৌশং ভাকপদনি
মশা কাওবা ফংদরি শোকই হায়বদি খংঙে।"

চাওবনা—"করম থংই 'হুদি। সগাই মখোংদা
ঈ তৈহোয়ে। কীরোন-হু মচেং মচেং তাহোয়ে।
লোঙ্গুং চংবা ভয়ম্রে—ওসিগা হুম্মি সুংঐ।
শোইত্রে হায়হনা ঐখোই লাকচরবনি" হায়রে।
মতম অসি নোংবাম্দি তা হুল্লগে হায়হুনা,
মমিং মৈবুন ওইহুনা তা অহু চিংলকপদা
থাগদবদা ভাইরে। নোংখোনবনা—"তাকাখো।"
লাওরকপদা কারে তা নোংবান ওকই লৈপাকসু
কৈনো কৈনো হায়নরে। চাওবা থাংজিং খুরমম্রে
সনা মাংদা চংলক্রে। নিংথৌনা—"ইপু নোংখোন
করিনো? ঐনা নিংবা অসি থুংজনিংইদা।—
অজ্জা থুংগনি চিংউ কুপা তৌবিগনিদি
নিংজে। নজা ইবেম্মে সনা থৌগনগীদমক
সনা মিৎয়েং থিগনি খল্লিভৈদা থাংজিংগী
বায়েল লাকএ ইনিংথৌ! পাম্বা ভাওরে হায়নদি
খোয়ুম মাগী নোংদম্মা কৈবাও লাকএ পুরিক্-লাই।—
কম্মা ইপু নোংথোম্বা!" হায়না মোইরাং নিংথৌদো
কাংগাং তৌনা ফক্কমদে হৌগৎলি হুংই লাংই।
নোংথোম্বনা—"লৈশাবী মুপীমচা অমবু,
পাম্বা মানা শোক্লে হায় সিদা চাইনবদি তুক
তোকহল্লগা ইনিংথৌ। পাম্বা কানহল্লগা
কৈনা শোকপা মীহুনা তোকচরবা অহুগা
অরুবনা ফংজবা নমোম নজা ইবেম্মা,
অসিনহুম কগজ্রা? বিষ্ণু কৌবা চোরোন্না
তম্বিবনা কগনি। ঐদি পাপকী বাথম্মি।—
সুংভাইরেদা নোংখোনবা! ঐগী ইবুক অম্মিদি
পুবা ওমমরবনি, খঙৈ তানা নোংবাম্দা

মোংবাম-তানা খম্বদা পাল্লবদি ইম্নিংনা
য়েংঙসিগে করম্মা সিগী রাথিবদনা,
ঐদি সুন্দা লৈরম্মে ঐগী অবাবা কোক্রে।
নংগী নপাও তাবদা মুংঙাইরেদা অঙম্বা!
নংম্বা অঙম্ববু কংজবদি ঐসিনা
করি সাইবক মকলো লাও অসি লৌজরে।" হায়!
চাওবা কোংগোন চংজখি। সনা কোকথোন্ থাথরে।
চাওবা মাবু নিংথৌনা পেন্‌বিখিবা অহুদি—
তুংগী লমদাং তেল্লক্লে চাওবা হায়বা ইনাইসি
যোমগী কোম্নুং ফাওবদি লোইনখিগে নিংথরে
মপু মোইরাং নিংথৌনা। নিংথৌ থাংজিং কৌরকই।—
"ইথৌ থাংজিং কোইরেল-লাই! মনাই নম্মু পেল্লরে
চিংউ নংগী কুপানি, নংগী ছত্র কংকেকো॥"
হায়না মোইরাং নিংথৌনা রাশকথরে নবুক্তা॥
"ইপু মন্ত্রি, লৈপাকপু! করম তৌই থনবিয়ু।
চাইনবসি তোক্লসি।" লাওরে মোইরাং নিংথৌদো॥
ফরে হায়রে য়ানরে॥ "হযেং ইম্নুং ঙানবদা
খম্বা নোংবান অনিমক্ থোইরেন-তাকতা কুমগনি,
কৈ তানবা মাসিদা অশোকপনা শোক্লে, তুম্বা
পাম্বা ফাবা নিপামা ইমোম থোইবী কংগনি।"
সনা য়াথং তাররকই। খম্বা নোংবান য়াথরে।
চাইথবদগী তোকপা পাম্বা ফাবা তাহুনা
লৈপাক চাইথনরক্লে। হুইজিং পুরেন পিহুনা
চাওবা খোংবী লাম্মীগা নোংথোন মমুম মৌরমদে।
কৈবন শাবা কুমথরে। খম্ব মমুম মৌথরে॥
মজাইরেম্বা থোইবীদা খুমন মাগী রাংথোন্দা—
চেক্লা নোংগৌবী চানা রাশা কম্বে থক্তা তোং

নোংদোল লাইজ ভাইবগুম চৈরাপ পাওবু ভাইরমই ।।
খুমন মানা খুংবদা "খংলেন মাঙ্গ কম্‌দৌরে ?
লাইবক চাওবী ননাওবু খুমন্‌ মংদা তিল্লব্রা ?
নংত্রবদি নমাওদি নসুং লাংগী য়াইবীবু
খারগনি ইবুংঙো।" হায়রে মজা ইবেম্মা।!
খুমন মানা "ইবেম্মা! নুরা পুক্লিং লাংথিনু!"
হায়। যাহৈদি হেক তাবদা—খুমন মাগী মায়খোং
মজাইবেম্মা য়েংবদা – হিঃ করিনো হায়ব 'মা.
পোকই সনা পুক্লিংদা। ইবেম্মনা—"ইবুংঙো!
করি হায়নরবগে ? – 'বেম্মা ঙসি যাকম-সি
ঙম্বদা কয়া মুংঙাইতহুনা!" হায়। থোইবীদো
যাহৈ হু হেক তাবদা ইমাইবেম্মা করমনো
অঙোম্‌ দতুম্‌ ঐসিবু পিগ্রবরা অহুনা,
ওইবা তারে য়াসিদে!" খনপ্রে থোইবী, স্বাই লাওই।
তুগদৌরে থাদোইদো। উথোক তেন্দা পায়হুনা
খাংই মজা ইবেম্মা। সেনু হায়না কৌরমই।
কুম্থরে অহুম্মা। সেনু চেন্সল্লকুনা
মবেম্মগী থোইদো ফায়। খম্বনা—"নুরা সেনু!
'বেম্মা ৈকদৌরবগে ? পাও খিং থুনা তম্বিরো ?
নত্রবদি শিবনা হাল্লগনি।" হায়রকই।
খুমন মানা পাও অদো তম্মে মনেম মচাদা ।।
ইবেম্মা হয়াওজরে—"কৈনো, কৈদো কাওদনা ?
অহুগা হেক লৌবিরো ? অহুগবু করিনো,
চিম্বান কংনা কংন হেক লাকপিবসিবু কৈনো!
য়েংনিংত্রবো ংংশিত্রবো কৈনো ঐ অন্নিবো ?
করি যানো ইবেম্মা! সনা ইবেম্মা মংবু

থোবদদি ইবেম্মা নুম্বা হংউদো নংনা।"
হায়। ইবেম্মনা থিন্দে লমজা খম্বু কৌরক্লে।—
হো ইনম্মা ইনম্মা! বিচার লোইদ্রি হায়নে,
কৈ কারণগা লোইনি হায়। কৈ হায়বা অতুবুনে
কমদোবগে ইনম্মা?—করি বানো ইবেম্মা!
কৈ হায়বা অতুদিনে অহিংবদা মচাইদো,
মৈ চংবা চাদে, মী, শা চাই। অম লাকই অমা,
তরা লাকই তরাগী চাম লাকএ চামাগী!
বাইদকো শাজো নংবো ইতু নিংথৌ ইচেম্মা—!
ইকোপ পুংদা কম্মামা বাবে অসি মক্তদা
লোয়ু তমজ্রবোইদকো।" হায়না শোল্লে খম্বুদো॥
ইবেম্মনা—"ইনম্মা! য়াম্না চাওপ্র-কনপ্রবো?
–ইবেম্মা! তুদি 'নম্মা করম্মা করিনা কাই?—
হাকথং-তাদি তারোন্-তা পায়রতুনা মাতুনা
ফাই থিন্দুনা সনাহল। শোইরবদি মাঙেংদো!!"
হাযজৈ থুমম্ চম্নুনা। "ইমুং অসিদদি তা
অনতসু উদেক্রো" হায়না মজা ইবেম্মা
নুর' থবাই বাখরে! ইমুং অসি লেল্লকই॥

---

# ১১

# থোইবীনা তা ৱাইবা লাকপা

মজাই 'বেম্মা থোইবীনা—"পাবুংদগী ৱাইকনি
তাদি" হায়রে খম্বদা। খুমন মানা—"ইবেম্মা।
ইকাই ৱাইরম্মু।" হায়জৈ। খম্বমম্ভ—"সনাহন।
লেংখিগম্মু।" হায়জরে। "পাবুং সনা পুক্লিংদি
খুমন ঐবু থোইদাদে অকবা পিরককনিদি
মিংদে সনা কাম্‌রোই। নপন মোইরাং নিংথৌদা
লেংগে হায়র'দি লেংউ। পাবুংগীদা লেংউম্মু।—
ইবুংঙো ইকাইবিম্মু ননাওগীম্মু লৈহৌই।—
লেংখিগম্মু সনাহল!—'তুদি কোম্মুংদা চংকে?—
কৈ অহু ওইরবদি।" হায়না থোইবী থোরক্লে॥
চৎনা চৎনা থোইবীনা চিংউ থাংজিং খুর'ম্ম—
"চিংউ থাংজিং কোয়েল-লাই। পাম্মু কাদা মীনমক্তি,
মাগীদমক্তা খজৈ ঐদি ম' কাজদা
ৱাহৈ লৈনা খুম্মম্মে। নম্ভ লাইরবা-কাদা
ৱাহৈ লানবা অসিদি থাংজিং নংনা কোকপিয়ু।
পুক্না চিনগ থেম্মরে।" কায়না থাংজিং কৌরকই।
সৈত কৌশা লাম্‌হুনা—"ইবেম্মা কম্মি নংনা
চিংনজর্ন্নিরবগে। মাগীদমক কনবা
তৌবনিনা করিবো দোষ লৈতে।" হায়হুনা
তাকএ সনা পুক্লিংদা। সেম্মু মপু মনাইদো
কোম্মুং লোয়া চংজরে ভম্পাক যুমদা চংল ক্লু।
মপাইবুংঙে অহুনা থাদে'ই মাগী কাহুদা
খুমন মায়ং অসিবু অহুক থাদে হায়বসে
থহৈ উইদো অসিবু কাওই নুবা থোইবীদো॥

মপা মমা ওইবনা, মচা ওইবা শিংহুদা
প্রেমগী ইচেল অহুবু তংপ-কংব-লৈতবোই।
মাসিদবু উহুনা থোমুম মানা তম্বরা
হংগোইদবোই মচানা। যুবরাজনা চংলক্লে—
"পাবুং" হায়না ইবেম্মা মপাবুংবু খুরমই।
যুবরাজনা—ইবেম্মা! কৈনো নপু ননাইবো?
ইপা 'বুংঙো চুম্মর, কৈনা শোকপা মীহুনা
লম্বাই ওইতো হায়হুনা তা'ব হায়না তাজরে।—
মানি।—হুপ্তি ওসি'দ কৌরে লয়েং তশেংঙো
লুপ্রা ওইরে ঐহাক্তি। - কবিগীনো ইবেম্মা? -
লাইরবা লমজা মাদি নাচৈ অমা কাওববু
লৈজদেদো পাবুং! করম্না কৈ কারুপনি।"
হায়রম্লগা ইবেম্মা মিৎন্না খম্বান মানবীদো
পিনা পুম্পা পাহুন মায়থোং পুমচোৎ চোৎখরে।
কোয়ৌ নোংনা ইয়রবা মরাক চাম্বা লৈরাংগুম,
মপাই মমাং অহুদা হিক্না 'হক্না কপ্লকই॥
মচাই মতৌ উবদা ইচাই পুক্নিং অসিদা
শোকপ্লবোইদা হায়হুনা খল্লে চিংখু নহানা।
সুংশিপ্লহুনা—"নংনা নিংবা থুংজরো ইমোম
থোইবী—" হায়হুন বে'র পিরে যুবরাজনা।
মমাশিংদে হরাওরে। মমা নিপান অহুনা
পিজনিংঙনপ্লহুনা তাদি অমতহুদা
নিপান চংনা পায়শরে। তাহু কৈনা পুরকই।
পিরে মমোম থোইবীদা। থোইবী তাহু লৌজরে।
চাকচাংবা চেং ফংবগুম ইবেম্মদো হরাওজৈ।
মপা মমা খ্বাইহুবু খুরমহুনা থোরকই।
থাদোই তা'হু পায়হুনা খুম্নাং মতোন রৌবদা

সেম্থু তুং থংই। থাদোই কম্লাক অহ্না সুম-তায়।
সেম্থু—"কৈনো, ইবেম্মা! ইবেম্মৈ কম্লাক সিবু
সুম্ চায়বরা কৈনো?—করি সেম্থু কম্লাকপু
সুম্ চাবা হৌনরবা। য়েংঙু য়েংঙু।" হায়হৃনা
য়েংনবদা সুম অদো তাখোকতগী ওইরম্মে।
শাওরক্লনা থোইবীনা মুকথেক্লনা পুদেক্লে।—
"মীবু শিউ লাংহৈত্রা তেসিল-হজিল্লি হায়দো।"
হায়না চিংখু-মপাদা 'তেকপা তাত্থ থাদোইনা
থোক-হজিল্লম্মহৃনা—কেং লাওহ্না চংখরে।
মুত্রাজনা—"করিনো! ওন্থোকপনি মমাশা,
তৌদনা তৌবা মাল্লে কয়ো ইকাইদা ঐদে।
তা পুতোকউ।" হায়হৃনা নিংথিরবা থনখরে॥
নিংথিরবা লম্মু-হু চিংখুবনা থিহল্লি।
মনাই শিংনা লম্মু হু পুদনা লাকপা অহুগা,
ইবেম্মনা লাকপগা তুংথ-মাংথ ওইররে॥
থাদোই মাংদা থারকই। খুমন মানা—"ইবেম্মা
কদায় তাদে?—ইবুংঙো। সুপীনা খুংলাই শোকপা
তৌহৈদরা হায়হৃনা তৌজবনি ননাওনা।"
খুদিম্ন মজা ইবেম্মা। নিপা শিংহু চংলকই।
খুমন মাগী মকমদ তা-হু ইরেন কংলরে।
"সনা কোম্বুংদগীরা?—নত্তে তম্পাক য়ুমদৈনি।—
মজাইবেম্মা করিনো?—ইবুংঙো ননাও চিঙ্গি
হায়দোকউরে অচুদ, ইবুঙ্গি ইপা ইমা
উনিংহুনা চংলুরে।—চুমই ইবেম্মা।"—হায়না
খম্বম্থ পুক্লিং তেরে। "চংলো চংলো।" হায়রকই
থোইবী, মনাই অনিদি তা থিল্লকপশিংহুবু॥
মনাই শিংনা—"ইবেম্মা! ননাই ঐখোই চংলরোই

পাবুং-সনা য়াথংনা উপ্লব্রা ঐখোইনি।"

হায়রে নিপ অনিদো চৎলো হায়বা য়াদয়ে।

খুমন মাগী মযুমদা অউন নাইদি ওইহনা

লৈজখরে অনিদো হয়াওজপ্রে মবুক্তো।

মরক সিদা ধ্রুবনা খোইবীবুদি তাহন্দে,

মহু নিংথৌ কৌথোকই—"খুমন ইচেম বা হায়গে,

ফবগীদি ফরিনি তাসিন্ন অসিমকপু

ইচেমদি ইবুক পেন্দে! মপাই 'বুংঙো হায়বসি

নভাওগীদি মীচংনি। ইপা ইবুংঙোদগী

লৌরুরগা ইচেম্মা ইহু নিংথৌ পেনগনি,

থাজগনি নচেম্মা।" হায়রে নোংয়াই চপ্পনা।

খুমন মাগী মপোকতা পিক্লা উম্নেন নংলবী

ধ্রুব কৌবী মচেমদি অমম্বগী থাংবৈনি।

লাইজ ইপাক অচৌবৈ নৌবু ফি-বু শকপিনি॥

মায়কৈ মাংবা ওইরবা তাইবং লমজাও অসিগী

নোংয়াই মায়কৈ লেপ্লিবী—"ধ্রুব তারা" ধ্রুবনি॥

নূরা মচেম অহুগী মপাও অহু তাবদা

ধ্রুবা লৌশিং থোকচখি। "ইচে ইবেম্মা চুমই।"

কায়না ধ্রুব' চংখরে। মপা থোংলেনবগীদা॥

অমরোমদা অঙোমগী নোংবান কৌবা মাগী

খৌরাং পুম্বা লোইখরে। চাবা থকপা লোইখরে।

মফী যরোন শেংখরে। নোংবান কৌবা মহাকী

লৈপুন মকোক ওইরবী ধর্ম্মে য়ুমফম ওইরবী

তালোই অহল অহুদি লৈবা লাকপা ওমখিত্রে।

মপুরোইবৈ য়াবনা। থম্মোই অহু নিকখরে॥

ধর্ম্মা কৌবা শন্নম্মা চেৎনা কোয়না থাহনা

মুজা মাগী থম্মোইগী নায়োক কবা লমজাওদা

মনিং তম্বা কাওরেনগুম নোংবান মাবু থমজবা
নোংবান তালোই অহন্নি। থর্ম্ম চেনবী মুপীদা
মপুন্নোইবৈ তুংগীবা থোক্লগদবা ছুবু
থোমুম মাঙ্গা উৎলক্লে। চংখিবগী অহিংদা
মঙলান্‌জানদি ওইহুনা ॥ মথংলেনগী মমঙা
চিংনখিবা বাবদো মুজ। থমোই মুংছুদা
থমজবদা চন্নক্লে। মৈন্নী ওইনা চাকথরে।
পান্নমা-মৈখোন থোন্নক্লে। তালোই অহল অহুবু
নোংবান মাগী মফমদা খুরুখুদক কুন্দুনা—
"লোমুম নোংবান সেলুংবা ননাও লাইবক খিবিবু
থংলেন্ হংগৎচন্নরোই নিংজববু ঐহাক্না
হংগৎতবা ইবুংঙো ওস্নোইদোরে ননাওনা।
মঙ-লান-জানগী বান্নমদি হংগৎচগে ইবুংঙো
নৎত্রবদি ননাওগী পেন্নোইদোরি ইবুকসে।
থংলেন করি হায়বগে?" হায়জন্নক্লে। নোংবান্না—
"ন্নান্না কৈনা কৈদোগে লীমু তাসি ইবেম্মা।—
ননাও ঐগা লোইননা থংলেন নংবু ইবুংঙো,
লাইতোম্পা চংলি। ছুই অমা চোংথোন্নকই।
চিক্লে মাঙ্গ নহাকপু ঐনা তান্নি চেনথরে।
পূমচেন চেন্দে ছুই অদো লৈসিল-লৈসিল অহুম-লৈ।
মুংশন্নোদা উরোকথোং অমা লান্নি ইবুংঙো!
ননাও ঐগী মাংদগী থংলেন নংবু তাথরে।
মাঙ্গ অহুম উখিদ্রে।" হায়না লীরে মঙ-অসি ॥
নোংবান কৈস্থ থুকপিদে।—"করি বানো ইবেম্মা!
অহুক কবা মঙ-ছুবু। পাম্বা কৈনিন্ স্থম্-দোই
হায়বা অহু উক্লপনি। শাগী শামিং পিবনি ॥
ইস্থং-বুংদা লুপখিবা অহুননে ইবেম্মা,

মখাই 'মেক্সলে-অখোম ময়াম সেবা তৌদুনা
ইংলা পাজগজৌবিবা 'হুরী-প্রধান উৎপত্তি "
অহুম তৌনা নোংবান মঙ-অনিমু চুমথোকই ।।
নোংবানগী বালি ভাবনা ভাজোই অহল অদো
শরক কয়া থোক্লমি থমোই লায়ুম কায়থরে ।
নিংজিং মাংজিংনন্না মরিৎঅ মপি তাথি ॥



## ১২

## খম্বনা থোংলেনগী তা য়াইবা লাকপা

খম্বা মশা থোংলেনবু থুরমখরে। অনিয়ো
অরৈ মথৈ তানরে। থোংলেনবনা—"ইবুংঙো।
ইচাই কুৈন্থ য়েংগেদি নিংথৌবদা ইপান্না
থোয়ুম মানা থৈবেদো। কৈ-অাকনি হায়বদা
চুস্থ মখৈ হায়রুনা তোকলনি শাজ্জোবা।—
পঙ্খো ইবুংঙো চুমই, থুরো থুকারদি
থেংনবা য়াবা থোক্কে। অকবা তা 'মতমি
পিনবিয়ু ইগান্না।—কদি বানো অতোন-শোক।
ইচাই চাক্লি, হুক কুইবা লাংঙকপবু কমাইনো।
লৌনিংবদা কোক্কোবা। লো কোক হেক লৌবকক
হাংদোকউনা খিস্থনা লেৎনিংবদা শেৎনুনা
পিনৌ তৌনৌ হায়বসে ইপা তাব-মুংঙাইত্তে।—
পঙ্খো 'বুংঙো ঐনদি করম চৎন লৌগনি।
তাগী তা-শক অহুবু সিমা কৈস্থ থংজদে
কত্তে হায়বস্থ উজদে, অচুই দমক হায়বনি।—
চুমইহো ইচান হায়বা, ইপা' পিনি।" হায়রুনা
থোংলেন ইমুং চংখরে। থুমন মাবু পোকলবা
পূরেম্বদি মপানা পায়রম্বা তা-অচু
পিনখগে খম্বদা নিংই থোংলেন মপানা
থুখুম কাদা থোংলেনা মমায় নৈমিরুকপদা
নিংব-থুজেৎ হায়রুবা হ্বাওবকই অথোবা।
মখুৎ মসুংদা নৈবা থেম্বে চবু মপান্না
মুথিংকুপনা তারনই লেকপত্তা নিংখরে।

থোংলেন মাসি উবদা কপ্প হোনখিত্রবা
থোংলেন কপ্লে ।—"ইতাও । পাম্ব-ফাবদি
মকাদোক্কী মকাদোক । কায়গেদি লাক্লবোই ।"
হয়্যা খম্বে অথৌবা । তা-হন্দা চংখিহ্লনা—
"ইতাও লেংথোক্লসিদো মচা লাকই উনবো ।"
হায়রগ্নলা লম্বুহ্ অতৈ অনি অমগা
লোইনহনা থোংলেম্না পুথোরকই মাংগোন্দা ।
ফম্নাংজী ফীবুম থারে পসোং ফীতৌম্ন থামই ।
কক্লাং ফীচো য়ান্দুনা খম্বে তা অহল অসি ।
"মজল ওইগদবনু লৈয়বদি খম্বনা,
মপাই খুৎম্ন-তাসিবু পায়ব পাম্বা ওইসনু ।"
হয়্যা নিংথি থোংলেন্দো । পুরেম্বগী লম্বুদো
অহুতৈদা তোর্বুংদা কৈ মঙা ফাখিবগী
শকপা উদো ঙসি কাও পকই ইনৌ নোমথৈ ।
তৈথোক্লমদে মপানা । থোংলেন কৌবা মপাম্ন
মপু মানা তৈথোক্লে ঐস্ন তৈথোক্লরোইদি
হায়না থোংলেন মানস্ন তৈথোক্লনা থমগ্রবা
পুরেম্বগী খুৎম্নুনি । তাসি মপাই খুৎম্ননা
ওই ইথং থংখরে । মচাকৌদনা থোংলেম্না—
ইপাই-ইবুংঙো শাজো । লৈরিব গা অহুমসে,
পায়রকপনি ইপানা ওম্না ওম্না অ· ৱা ।
যুগ কয়াদি ওইরক্লে । পায়নিংব হেক পায়ু
অহম পূক্লপ পায়গেরা ?—পম্বো বুংঙো য়েংজগে ।"
হায়না খম্বা য়েংজরে । পুরেম্বদি মপাগী
পম্বো মখুৎ সুহ্লনা—"ইপাই ইবুংঙো শাজো ।
নোংমাই পিশক পিক্লা কায়নহনা অমুদোন
ইপাই শক্তি থংজ্রবো ইপা লৈদি ।" হায়হ্লনা

নোংয়াই মচা কৌরকই। খম্বা সংজ্রিক য়েংঙগা
মপাই খুৎসু তাদবু পায়করুরে লমজানা॥
তান্থ পায়হুনা খম্বা সুমাংদা থোকই লেপই।
মচাই মতৌ উবদা থোংলেন কৌবা মপাদো—
"ইচানা জয়বু ওইরে।" হায়না নোংশা লাল্লাওনা
লাওবা থোক্ষম অকনবা মী লাই ভিন-কাং খোংখোংপা
লেপাক কায়না তাখরে॥ খুমন মচা য়েংহুনা—
"ইপাই ইবুংঙো শাজো জয় ওইনি ইবুংঙো।—
ইপা ইবুংঙোই কুপানি। পাংজদবা ঐনি।
ঐদি কৈন্সু খংজদে! নপারি কৈন্সু খংদে।—
হুদি ইপা কৈ-শাগে। থিজ্ঞু নংনা ইপাবু।
থিনগদৌবা তাথিন্দি নংনা কৈদা থিন্দৌবা
শরুক তরেং মাহুদৈ কম থিনগদবনি।—
হুদি পম্নো ইবুংঙো শিরোইদরা করিনো?
শিনিস্থ ইপা হায়রোই শিরোই হায়সু হায়নিংদে।
চৎলু হংউ নমাদা।" হায়বিরক্লে থোংলেম্না॥
খম্বা ইরেন চংখয়ে থোংলেনবীদি মমাদা—
"ইমা ইবেম্মা।—শাজো।—পলেম বা থুম্লিগনু।"
হায়হুনা খম্বা মমিৎতা মপি চ্ছানা কপ্লুরে।
থোংলেম্বীনা—"হি কৈনো" হায়না নোংয়াই মচাগী
খুমেং পালোইনহুনা মপাই নাক্তা পুরক্লে॥
"অহনস্থ ফনা ওইরে কৈদৌহুনা ইচাবু
কপহনবিরকইবনো" হায়রুরে কৈরেম্বীনা।
থোংলেনবনা—"কৈদৌগে কপচেংপৈ কপঙবনি।
কৈ শাগে থিজ্ঞু হায়রুরে, শিরোইদরা হংই,
নচানা ঐঙোন্দনে, ঐনা, শিনিস্থ ঐনা
হায়নিংদে শিরোই হায়সি হায়নিংদে, নমাদা নং

হৎজরু হায়খিবনি।” হায়রে কৈরেম্বী অদো
থোংলেনগী মণ্ডনবু খংজরবীনা নোংক্লে।—“পারী
খম্বা লাও” হায়না পুসিনখরে। “পারি ইবুংঙো।
নংগী নপা অসিবু নংগুম্বগী শক্তিন।
খিল্লবদা তাহনা ঈ ময়িক অমতংদা
থোকচহনবা ওম্ববা লোইরে পারি ইবুংঙো।
কুপা পিগে হায়হনা তৌবিবনি নংঙোন্দা।”
হায়না মমা ’বেম্মনা তাকপিখরে খম্বদা॥
করাওজরে খম্বদো। থোরক্লে মপাই নাক্তা।
মপানা—“পারি খম্বা। করি হায়রে নপানা?—
ইমানা খিল্লু হায়রে।” হায়জরুরে মপাদা॥
লকুৎ মপুন অমথকু খল্লে সুমাং ময়াইদা।
অহন ওইবা থোংলেন্দো চংখ্রে অডুই মরুমদা।
থোংলেন কৈ শায়কই। ঙুং-ঙুং ঙুঙুঙকই মথৈদু
দম্-দম্ কুই লৈপাক্তা। লৈপাক্তা খুজিন হুনা
থ্রো থ্রো থোংলি। খুৎয়া দম্ দম্ অমুক হেক ফুখরে।
থোইরেনতাকী কৈহনা তন্জনকম্ ওইখরে॥
খম্বনা সুম য়েংবদা থোংলেনবদি মপাদো
মরাং মরাং উরকই। খম্বদি ইওক ওক্লে।
“করিনো তৌরিসিবো” হায়না খম্বনা খল্লিডে
ময়ক সিদ থেংলেম্না শম্না ’মতা হোদনা
খা বাং কারন চোংলকই। “ইপা মচা নোংখাইগে,
ইপু মচা নোংদমগে” হায়না থোংহু লৈপাক্তা
খম্বা রং রং খিনবদা থোংলেম্না হিং হায়হনা
নিংবা খিতা হোখিবা, খুমন মচা খম্বনা
শম্বুম অম অহোবা হিং হায়বা সিগ্র সিদা
উখিবগা চোংসিনখ্রে খুংতা পায়বা মপাগী

পাম্ব মঙা কাখিবা তানা মপা থোংলেনগী
মাংলেনদগী থিনবনা মালেম নৈদা খুবোম্ 'মা
চংলে। ইকু-হেক লাওখরে।। খম্বা-মাঙেঙ হায়রুনা
য়েংথখিবা কান্দদি থোংলেন্‌বদি নৈরমত্রে
লফুংথুদা তশেংনা লম্বু হুনা থিল্লম্মে।।
পুমঙক ঙকত্রে খম্বদো।—"কৈনো ইপাই 'বুংঙোবু
অহুম নোংগাগ্রবরা" হায়না খম্বা খনবদা,
ইশৈ ঙংহুনা থোংলেন কোম্হোং লোমদৈ চংলকই।
থোংলেনবনা কৌরকই—"ইপাই ইবুংঙো শাজো।—
পম্মোবু।—ঙাইখো ইপা লাকখিগে।" হায়না লাওই।
খম্বা শৎতে তা অহু মপা ঙাইহুনা নৈরে।
"কনাদা থিল্লি খম্বা?—পম্মোদনি।—কদায়দৈ
শোইদয়দো লফুংতা থিল্লগবু নহাক্তি।—
পম্মোদি কৈদা চংলুই?—নকুথোইগীদা চংলুই।"
খুমই থোংলেন মচাদা। খুমন মানা—"অহুদি,
পম্মো কুপা তৌবিয়ো। পিনবিয়ু থৌজান্দো।
অমুকপা শাবিখো। ফয়ে শাজো।" হায়বিরে।
কৈ অমুক্ত শাখয়ে। ইকাই কায়দে হাম্মেহু।
অকোনবগী অসিদা, চাইথশং লোমদগীদি
শিংজা থুর পায়হুনা থোংলেন অহু চংলকই।
তা সৎখিন্নু হায়হুনা থামই। তোরথাং 'মনা
লফুং অহু ককথৎলি। খম্বনা তা সৎপদা
ওকশাবী মতৈ মনাও লেংঙমই। থোংলেনবনা—
"কীব 'নিসি থংবরা?—ইপাই ইবুংঙো থংই!
কনা কনাগো চুদে?—ওকশাবীনি।—চুবুদি
থংই ইপাস্ত কনা কনানা ওল্লকপনো,
হায়গনি ওকশাবী সে? ঐদি মাঙ্গুদি থংদে।"

হায়রে খম্বা মপাদা। থোংলেনবনা য়েংখরে।
মখিৎ অনি উইশিল্লি। উরে থোংলেন তশেংনা।
থোংলেন মাগী শক্তিনা থোকদোবা অপুম্বা
চিংশিল্লি —মখিৎ ভম্না পাংথোকই—
"ইপাই 'বুংঙা ভাবরা— নম্বা নপা অনিগী
কুপ্পা শিনবিবনি কৌজেং শাইওল-ওইচনা
নংম্বা পাম্বা কাবদা তেংবাংবিগে লাকপিরে।
শোইগোই পাম্বা-কারনি। থোইবী লৌচনা পানবা
চিংউ কুপা কংলনি" তাকপিরক্লে খম্বদা।
খম্বা হায়বা মচাবু লমজা লাইবক খিবনি
পিকনা পলেম পম্মোবু কাইনখরে হায়নরি।
য়ানা হৌবা অমনে, পিদোন পাদোনদবনে,
অনি পাংথক ওইবদা ভোম্না হৌবা মহাকপু
'নংজরবা মচানি য়ানা নমায় পাকসম্নু'
সুম্না নিংনৈ সুংশিনৈ।। তাইবংপানবা লৈকোন সুং
হৈরা' লৈরাং ওইরবা মীগী মপোক হায়বসি,
অরাবনা মউনি সুংভাইবনা মহৈনি।
খুমন মাবু পোকপদা পলেম পম্মৌ কায়নখি।
লমজা মাবু চাজবা কোনবিরিবা মপাজি
মগুণ চেনবা থোংলেনবু কংজবদি খম্বন।
নোংয়াই লাইবক ফখরে লমজা ওইবা হায়রবনা
থোইনা পাম্বৈ চংথোক্লে। কৌজেং অনি অহুবু
থোংলে ইরেন কারপা খম্বৈ য়াদ থাজিল্লি।
খম্ব কৌজেং য়োংখরে। কৌজেং অহু য়োংপপা
থোংলেন মচা খম্বদা তোরথাং অহন। তাপ
মঙারক হম্না য়াল্লে। খম্বনা—"পম্মৌ কল্লি
মতৌনো? ইপাই-শাজৌ! চংবরা য়েংবিনে।

ইপাই 'বুংঙো চংদেনা !—নাবরা ?—ইনা-না চুক
খেংপা পঙ্গৌ 'ছুগুয়া থোকই ।—তাওসে বা হায়গে'।
তা সে, ইতাও ইবুংঙো ! ঐগী ইবুংঙো অদো
মানা পায়রম্বা তানে, নমা লৈমা লোন-তা ;
পকইবা ঐ অসিদি তৈথোকপা নংহৌরবা,
অচুম্বৈদা তোর্বুংদা কৈ মঙা কাখিবদা,
পকপা ঊনি পঙ্গৌনা থুপখিবনা হানখরে ॥
থাংজিং মানা তৌরবোই নহাক থক্তি য়ৌনবা,
লৈরমখোই শাজৌবা ।" হায়না তাক্লে থোংলেম্না
মপাই বাক্লে তাবদা মোংম্নাই মবুক ওনখরে।
"পলেম পঙ্গৌ অনিনা য়েংতা ওইদা লেপ্লিয়ু
পাংজদবা নচানা পাম্বা কাবা মতমদা !"
হায়না খম্বা কপ্লকই। মচাই মতৌ উবদা
থোংলেন মপা কপ্লকই । পলেম কৈরেম্বী কপই ।
থোংলেন মচা য়েংহুনা "ইপা বা হায়গে তাওকো ।
খম্বা ! তাগী মমিংদি, থাংগ থোকতি কয়াংখোক,
থোক্লাং তাংদা চুম্ব থোক-তি, থাংজিংথোক - নানপ থোক.
ঊকা নানপ থোক, তোক্লেন লিশিং মাপন কাংবযু
য়েনথোক—হায়না কৌই । পায়হুনদা চংবদা
পাংজদবা নহাকী পুক্লিং থৌগৎপিরবা,
থিনগে হায়না নিংবদা থিন্দনিঙাই লৈত্রবা
মসিগুম্বা তানিদো ।" হায়না বারী লৌবিরে ।
শা-গু-য়াই লানগু য়াই-স্থ, পখোং খুরৌ চন্দ-বা
শম্থি খুনান-থোক্ত-বা, বারিদগী হেন্দুনা
হি-য়াই কাওবা পিনরে । মপ' পোংলেন মচাবু
থৌজানবিরে সুমিৎতো । মচাই মঙ্গল ওইনবা
কৈরেম্বীদি মমানা পুংজা খেন্দোং থোংথাং-য়েং,

অমা-মাকপু থোংখরে। অম্না চাবা লোইখরে,
থৌরাং পুম্না লোইবদা মপাই-মনাই মাংথৈদং
থাংবা ভাদা হৈরবা মচাই থোগন তৌনবা .
থক্লে থোংলেন মখুৎনা। মন্নাম অসি লেংখরে।
মপাই লাংগোই থোংদাংবা থোংলেন মাগীদি লানশা।
মশোং ইরুম্ থাংপোক শাবা শা, লান্দ থোম্নবা শা,
থুজিল লৈম-তোনবা শা, নাকথং-সনা-রুপ্পা শা,
সমায়-কোংগোন থিনবা শা খুমন মাবু তোংখরে ॥

---

# খম্ব-নোংবান অনিনা কৈ ফাবা কুম্মকপা

খোংলেন মনাই ময়াম্না নোংমাই খোগন তৌদুনা
মতান কবা কোরৌওম খুমন যাত্রা তৌরক্লে ॥
মোইরাং নোংবান অপাম্বা মনাই নিপা য়াংখৈগা
মামা লাংগোই তোংদুনা নোংমাই মাংদা থাখরে ॥
অউবনা উবদা নোংবান মাগী মায়খোংদো
কজনদি উববু লৈচিন থাংবা নোংদোনগী
থাজগুম্না উহৌই। নিংকোক তৌনৈ খাইসিনা
ময়াই কনবা নোংবাদ্দি খন্দে খংদে মবুক্তা ॥
মাংদা চৎপা নোংবানদো—লোইনরিবা ময়ামদা
মচিন খোক্লা—"তাদখোই ইচিন ইনাও অপুম্বা।
খোইদা চৎপা কায়দে, শা-মান ইমান লেংমায়ৈ.
চৎমিন্নসি ইতাওগা খুমন মাবু ঙাইখিসি।"
হায়না লাওই ময়ামদা। "চুমই কৈনা।" হায়নরে।
ইপুৎ-কোমগী লমদমদা খুমন মাবু ঙাইদুনা
নোংবান অসুম লৈখরে ॥ খুমন মানা লাকপদা
লাইর শংদৈ খম্বুনে মনেম ঃ চা থাদোইনে
মনাইশিংগা লোইননা নোংমাই মাবু য়েংহৌই।
নোংমাই মচেম খুরমই থৈ পোই লৈকাই মমাবু
পন্থৌশিংবু খুরমই। মচা ওইবি কয়ানা
খম্বা মঙোল তৌরকই। ভক্তি ইরোইনদুনা
খুমন মানা লৌরকই—কুম্মখরক্লে খম্বনা ॥
ঙাংথ-লবাইদগী ভমথরকপদা নোংবান
লৈবা, মাগী মাগীদি তা-লম্মুনা লৈপাক্তা
মনিং মনিংনা য়ুংবা মতোন ইয়ং লংবদো

খুমন মানা উরকই। "ইতাও' ঙসি যাত্রাসি হায়রবোইরে, মানা করি হায়গনবা ঐদি কোন্নে।" হুয়া শোল্লি। মনাইশিংনা—"হানজসনু, মখোং ইখোং তিন্নত্রা।" হুয়া খুমই ; খম্বনা— "হায়ঙমদবা নোংবান্নি।—মশিন করি লৈদনা।" হুম্বা ঙাংনা ঙাংননা লাকই। নোংবান্না "লাকএ। আদা লাকইবসিবু খম্বা নত্রা 'য়াম্বা-শা?" মনাইশিংনা—"খম্বনি।—করে অহু মঙাইরে অসিরাইদা অসুম্বা লোইনরবস্থ করে।" হায়রম্মগা নোংবান্দো হৌগৎলে, খম্বরোমদা মমায় সর লৈশিনখরে—"হো ইতাও খম্ব-ও।— ইতাও ইবুংঙো ঐ লাকচরে।" হায়রনা খম্বনা খুমজৈ, মুংশিনবা ওই। খম্বে পাওখুম তাবদা নোংবান্দো—"খম্বা অসি কিরবোইরেনা ঐবু" হুম্বা খন্নে মবুক্তা। "কিরবদি কিনবা তৌবা থোকই" হায়রুনা নোংবান্না—"হাই হাই করি লাকএবু হায়বা-শাই। অরাইবদি পোৎকুম্না, থমইবা নিংথৌ মচা, বাংত-পাদবী ওইবৈ, মানা থোংবা থাকপদা ঙরাং মথৈ থরদা অহাও অথুম চারগা কংদবা মহৌশাদি লৈম সিজৈ খুৎতাদো। নখোং থাংদোকপা কাওত্রা লাকএবু হায়ব-শাই হাই। থোইরেন তাকো পাম্বদি কোম্না কাগে ঙসিদি নংবু হাম্না কারগা নম্না কবাক খম্দুনা পুগে কংকে নিংথৌদা কংদোকতবা অতাক্পা সংজুনা লৈবম্না-হাই।" হায়না নোংবান চৈরকই। খম্বদো ম্বাই হেক লাওই। মখোংদগী কোক-কাওবা চিং চিং লাওই, ইঙনা

পিজনা মুবমনা শিংলি পুম্বা হৌরকই
মরোল লোইনা লোনখরে। ইকাইবনা খম্বদো
সগোন মথক্তা মরু লুকই। "হি করি বানো!
ঐনা করি কায়খরে।" মুম্বা খল্লে সগোনদো
মাং ওইরপ থৌগংলি, "ইয়াম্বশিং লাকপিয়ু।"
হায়রকই খম্বা। "হরে ঙসি শমুথোংগীদি
লুমম শিংগে নিংখরে।" খম্বা চিন্দি থোকতরি॥
মুবা মুংঙাইখিদরে। "মজাইবুংঙো।—তা মুবা —
কৈ কাবসি তোল্লসি থোংবাননবনি তাই।
ইবুংঙোম্থু হনগ্রগা পায়বিরো লৌকু অচৌবা।—
করিনো তাদ-মুবা নংনা হায়রিবহুবো?—
করি নত্তে ইবুংঙো লৌক লৌরো কায়ররোই।—
করিনোনে, নহাকপু ঐগা লোইননিংঙ্রব্রা?—
মাহু নত্তে ইবুংঙো।" হায়না খুমই মুবদো,
মবুংঙো শাওরে হায়বা মুবা খংজরে কিরে।
খম্বনা -"হুদি মুবা কারনো করি হায়ব।
নোংবান মরা হাবদা মুংঙাহতরে ননাই খে ই!
দৎ।" হায়রে খম্ব অদো। হুৎ দা কায়দবা খম্বা
দৎ হায়বা থোম্ফম অদু তাবা মতম অ'সদা
মনাই ময়াম অহুনা মুবা মানা চিংশহু
কিনথিবা অদুনা খম্বা মাগী মনাক্তা
অমা কাওবা লেপ-ঙমদ্রে। মথা তারে খম্বনা—
"করি বানো মুব-ও অহুম হায়বা হৌনব্রা
ঐনা মুম্বা খুম্মরোই মতোকু-অনি হায়বসি
তাদ মুবা নহাক্কি করম্ থংই।" হায়হুনা
শাওরপ বাহু হল্লকই। মনাই ময়াম পেমরে।
নোংমাই মানা শাওরকপা ি-মুম অত মুরুকপা

উটৈন নিংথিজরে। মুত্তি অসি য়েংবদি—
সরেন শরাক থৌরবা নোংশাশিংনা শাশিংবু
ক্বাম্‌-লাক্লম-দাইত্বু ওইরে মতৌ অমনি ॥
"মম্বাম কোল্লপ লাকপিবু" হায়রম্নগা তোলেল্লা—
লাংগোই লান-শা থৌগৎপ্রে। লাওরকই—"হাই নোংবান!
চুম্বা ইতাও থেংইদা, মহায়ুনা ঐহাক্বু
ঐস্থ থেংপ্রে মহাররি কিন-কিনা মরাকই।
নংনা হেন্দে ঐনদি কৈদা তারি—লৈরম্মু।
শাগৈ মসেন রাংনদে ইপা নপা হেম্নদে।
ইনাদা থোংনা-দা ইথিং পন্থিং কদায়দস্থ
সুক-সুং-থোংয়াই মাংজোংদা খম্বা করি রাংভুনা।
নোংবান তাংজ ইকাইত্রা? নিংশিংউ ক্বাক্তা লমখেল!
কোম্মা কুম্বা ঐহাক্কি লমদমদনা লমথোইবা,
এন্দমদনা মুক্কা থায়। কাওরবরা ওসিদে
করি কায়ে লৈরম্মু।" লাওনা লাওনা শগোন্দো
থুমাং নারুম লামথরে। লা গোই সুন্দা শাইহনা
থোংলেন-লানশা ফুজিনপ্রে। লাংগোইহনা থৌবনা
থাংখো' তাখোন তারগা মথোই কাবা লান-শানি।
খম্বা লাকপা উবদা—"তাদথোই কোয়শিনবিয়ু
শগোন থি'উ" হায়রকই। থাংগা তাগা লম্বুগা
মীল্লা টকোই কোয়থরে নোংবান মসুং চনথরে ॥
লাংগোই তা'থক লৈথিদে থা'গী তাগী মতোনদু
সৌবু শানা লৈরিবা ডুগী নাতৈ থিহনা
লা'গোই থুমাং ফুকথরে থমন মাবু নমদা-থোং
লাংগো' হুজিল্লকপনা কোকতোন লাম চংথরে।
নো'বান নাক্তা তারু'র। থোংলেন মাঙ্গী মথুৎ-স্থ
কোরি শাজৈ হায়বসি কৈগী মঙক ভৎলিবা

শাজৈ হুনা খম্বনা নোংবান মাগী কোক্তোন্দা ঙৈথরকপা অহূনা শাজৈ মহোন অহূনা চৈদোন ভারে পূকনোপ্তা করং কয়ং অগম-লক য়েংভা ওইদা হাইহুনা ফুরে। নোংবান কূরিৎ-তু থবং থবং তংহুনা উন্‌ণা ফাওনা তংখরে।। নাখিবনা নোংবান্দো মমিৎ চেংকুপ শিখরে। খম্বা চপ্তি লেপ্তুনা—"ন·স্থু ঐস্থু মরাকই। অহুম হায়না তৌনব্রা!" হায়। নোংবাম্না—"অং-চা" হায়দনা লম্বু ভাখোক হাইগংখরে। লাংগোইগী সবৈবু য়ায়না য়ায়না মুবা ইম্নরকপ-া থুমন নাক্তা থুংখিবা মতম অহু চাখরে। নোংবান মাগী ভাখোকত্তো মুবা মানা ফাখরে। সং সংশি তাখোক অহু লৈপাকতা চক্ পুংশিল্লি। থুমন মান "করিনো ভাদ-মুবা ফাকনু মনিং তৌনা য়ৈসন্নু ইতাও মবুক পেম্নবা। স্থম্বা লায়জৈ। মরকসিদা নোংবানগী সোয়: কোব মনাইনা ওস্নিনখরে মুবদা—

সমু হবাই মানবা তুজোম্বা. কালন্দি মানবা,
খিগাংজাও ঐদি মীচং চংদেন্না করি নংনা,
মপূ মসেন তৌনবা মীনাই নসিগ লৈবরা।—

সুপী পামদৈ মনাই নমিৎ অহু উদয়-হাই, ইবুংঙোদি শাজৈনি, করি তাঁ-থোক্লা তৌই। হায়নরগা খিমদে। চোংসিন্দুনা কোম-ক্রে। সোয়া খুদোং পুথৎক্রে। মুবা থাংবা তৌখিদে লমহুম য়েংগে হায়হুনা সোয়াগী লেংবান তাম্না অহোইননা চোংথৎলে। সোয়া সেংথরকপদা মুবদি লম-য়েঙ্ঙমই। অনি দম্‌হেক ভাবদা

মুবা' মথক খংলম্মে। মীনাই ওইবৈ তোকপনি
খম্বা নোংবান অনিদি নোপ্তক চাগদবনি
থোংলেনগী মনাই মুবা, চাওবগী মনাই মুক্রাম্
নোংবান মনাই সৌরানে কনবা চাওবা হৈবদা
মোইরাংদা তাংই লৈতে। তুমাই চজিক চুমক্তা
মোরোক মডেক খরগা ওখা অনি দংদগা
উভোং মঙা কংইবা মুবা মুক্রাম সৌরানি॥
লাম্বা লাম্বা মনাইশিং পুমত্তিন-পুমক্ষু ফুনরে।
নোংবানগী মনাই মথৈ মন্থুংদা; কোম্না থুংবা,
খম্বগী মনাইশিংনা কোয়খরে॥ মতম সিদা
খাত্রাকপা নোংবান পোকপা মনাই থৌগল নিক্ষুপা
লাংগোই তোংনা কুম্বকই। মনাইশিংদা—"আদৈসি
কমা কনানো য়েংউ।—নজাইবুংঙো থোইনি,
খচৈ কাংবুগনিনা য়ৈনরেনা ইঙেঙাবু!
চুদি থোংলেন লাকপ্রা য়েংউ।—ইঙেঙাবু লাক্তরি।—
করে চুদি, বো নোংবান! ইপা লাকই লোইথোকউ
লমজা মাগী কনাস্থ উন্ত্রিচৈ তাজা সিদা।
লাওই অঙোম নিংথৌনা॥ থোংলেন মতম অসিদা
তুংওইননা লৈরম্মে অসাই য়েংবা চুদদি
উরমদবা মস্ত্রিনি অথেকপা লম্বী 'মনা
খাত্রাকপনা লাওবসি মস্ত্রি থোংলেন তাহৌরে।
"কনাস্থ লৈত্রিঙদা" হায়খিবা রাহৈ অসি।
থোংলেনবনা মনাইশিংদা—"আদৈসি কনানো?—
খাত্রাকপনি।" হ য়রকই। থোংলেন পিং-হেক লাওখরে।
"হাই। মাঙস্থনবুনে, কনাস্থ লৈত্রিচৈঙদা'
হায়খিবদি খংগনি নোংয়াই ইচাবু ওইরে।
করে খংগদি ঙসি—ইপ ই ইবুংঙো শাজো!

ইপা লাকয়ে ঙাইরমখো। অঙোম মপা মচাদো
হেনহনখিন্নু খৎলম্মো।" খোম্ফম অসি তাবদা,
খাম্বাকপা ম্বাই-হেক লাওই। মনাইশিংদ—"নহোয়দি
অসাই লাক্তে হায়বদায়। হায় খাম্রাকপা 'মুক হন্না
"খম্বা নোংবান অনিমক কব্রি মতৌ কৌবগে।
তৌনগন্নু করিনো।" লাওই। চুদে থোংলেন্দনা—
"ইবাই 'বুংঙো লাকপিয়ু। অঙাং অনিসি য়েসি।"
হায়না অমুক থৈরকই। থোংলেনবনা—"খাম্রাকপা
চিংথৈ খাবী চাকখা, অমাপথি চাকৌ য়াব্রা?
নৈরম্মু ঙসি খংনি।" হায়না থোংলেন লাওখরে॥
খাম্রাকপনা—"থৌজিনব্রে, খম্বা নোংবান অনিগী
মনাক্তদি য়ৌহোগে" হায়না খল্লে মতমদো॥
থোংলেন-লালোই তাম্বনা মমিৎ থৈবুল ওইখরে॥
লাংগোই থৌজিল্লকপদা মুংশিং মাংদা থাখরে।
খাম্রাকপবু তম্মকই—"ইপাই 'বুংঙো ফারম্মু"
তোইনা লাওই অথৌবা। খাম্রাকপম্নু মশিরে
হায়না লাংগোই থারকই থোংলেন হেঞ্জিল্লকুনা।
থাংনা লামহাই হাইবগা থাংদোন হেন্দোকখিন্দনা,
থাংগী খুদুম অহনা তাকরে খাম্রাকপদা।
সগোন সগোন থেংনখি অহল অমান ওন্দুরে
তারে মালেম থকতুদা লাংগোই সয়াং থক্তগী।
মচা মচ চেকসিন্নি। মপা মপ কোঙখংনি।
লাংগোই থক্তী থাংগৎনা থোংলেন থাং 'মুক সংখরে
খাম্রাকপদা য়াম্নুরে থাংচু লমখাংদা খম্বা'
ফারে। খাম্রাকপনা- "ঃ ইবাই মত্রি করিনো।—
করিনোবু হায় গাই। ক-ইন লৈ'ত্র'ঙসিদা
হাংলো কায়ে নং গুম্না।—করি বানো ইবাইবু

মনাই ঐদি হায়দেনা। খাম্বিনবা লৈখিত্রে
নচা ইচা য়ৈনরে খাৎসি ইবাই। হায়বনি।
অচ্চা নং হায়দে হায়ো ?—নচাই-বুংঙো হংবিয়ু।"
হায়না খাদরাকপদো থবাই শিনিংদবনা
থুমন লোমদা নপশিল্লে। খোংলেন মচা য়েংল্লা—
"হায়্‌! খম্বা হায়খিত্রা ?" মপাই বাহং তাবদা
খনগ্রে খম্বা—"কয়ো! কৈ কাবস্থ কায়ব-তায়,
জীব-'নিস্থ শিব-তায়! পুইন কনা' হেনগনি
ঐদি নোরোক তারগে জীব অনি কল্লগে,
লৈপাক নিংথৌ অনিগী বাথোক লোমস্থ তাল্লগে।"
লেপলে খম্বা মপাদা—"ইপাই 'বুংঙে ঐহাকপু,
তায়োম্নরবনরা হাৎলু হায়ব অসিবু
তাহৌদেনে নচাদে।" হায়রে। খোংলেন খাজরে।—
"ঐনা অহল ওইবগী তায়োম্নরা তাবোইরে।"
খল্লে খোংলেন ই খরে।—"ইচানা হায়দে হায়রে
চুম্বা তারে কোম্নসি।" হায়রদুনা অহল 'নি
কোম্নখরে। মসিদা খোংলেন পুক্নিং যুংস্তাইত্রে।
মৈগুম-শানা হৌরকই—মলোম্‌ পুম্বা নিংশিংংও।—
কাক্তা লমজেন্দা য়েংপা; মাইবী চংসিন্নখিবা
মমৈথংদা তায়কপা খোংলেন লালোই তানবদি,
উকায়-কাপ্প, হৈজিংগী সমুথো গী মলেংমুম্ব,
লোই কারকপা মানা নংতবা ওাক হায়জিনবা,
মতুমগী বিচার লোইংকতব অত্নুনা
ওসি কৈ কাবসি কাও—মথং মথং ওইনদি
পরেং পরেং খুণ্ডরে। খোংলেন খোইদৌ অত্নুনা
কুরুক কুরুক ইন্নগ্রে। খোংলেন মবুক খোংবসি,
ওংরে নক্ক মথৈদো। কিনরেদা কাংবুদো॥

খম্বা মাগী মাংতেৎ 'মা নোংবানগীসু মাংখৈনি
থোংলেনগী নিকু মচা, থাব্রাকপগী নিকু মচা
খুৎলাই পাম্রবা ময়ামসি পরেং শানা মাংদা থায়।
মপা অনিনা মাংদা মচা অনিনা মাইদা।
লমু ভাগী মতোনদা কোয়ো মচান য়ৈরকপা
ময়াম অহু লাকপদো—নিংথিজরে য়েংবদা
থোইরেন তাকী লমদম্না চিংগী নাপোম নাপোমদৈ
নেয়েম ভমুথরকপনা খুদেং শানা কুৎপ্রবা,
সগাই পরেং শাবদা মীনা পুমকোই পুমতো চো,
সগাই মথক অহুদা, নিংথৌ যুব্রাজ অনি,
পেংগা পেগা লৈরিবা, চিংশা নাপোম খুদিংদা.
হাওনা পুম্নেং লেংখিবা পুংগী সেনগী মথোন্নে ;
ইচিক হনবা থোইরেন্তাক ইংনা নিন্নে নিংথিরে।।
সনা পমপাক সগাইদৈ খম্বা নোংবান অনিনা
পরেং শানা লাকপসি মোইরাং নিংথৌ উরকই।।
মলোম ময়াম অদুনা সুংভাইবনা থোংলেম্না—
"পান্নি খম্বা তৌনমু—য়ৈয়ু শাজৌ" হায়রকই।
থাব্রাকপসু হনথিত্রে,—"পান্নি নোংবান তৌনমু
য়ৈয়ু ইবো" হায়রকই। থাব্রাকপগা থোংলেম্না,—
অনি শাবা হেন্নদে। লাম্ফু লাম্ফু ফুনরে।
চেংপোন অনি অসিনা ফুনরকপা অসিনা
মতৌ অমা ওইরকই। অতোম নিংথৌ হায়বসি
মখুৎতা থাং পায়হুনা হাৎনরসি হায়বদী
হেন্নি থোংলেন মহাক্না। শিনবদি নৎতনা
সুম্না অহুক য়ৈনবা হেন্দে থোংলেন মহাক্না
ভসি সুবিৎ অসিদি থোংলেনহু ফনা শোক্নে।
অতোম নিংথৌ হনথিত্রে। মোইরাং নিংথৌনা উরে

মাংঙে ঙৈনরে হায়না দোলাই পাবা কৌরকই—।
সনা য়াথং পুজবা দোলাই পাবা অনিদো—
"লাম্লোই ভাম্বা মন্নিবু, অঙোম নিংথৌ 'ইঙেঙাম্নু,
খম্বা নোংবান 'বুংঙো 'নি - মপুসনা য়াথংনি।
লৈপাক প্রজা অপুম্বা—খাইদোক্তুনা লাক্নৌ হায়।"
সুম্না লাওই। থোংলেম্মা—"নিংথৌনা লম্বী অনি
কাংজে, অঙোম ভবুদি চাওহন্‌বা চৎলু চৎলোই।"
হায়না লাওরে থোংলেম্মা। অনি অদো সুংঙাইরে
কুম্মৈ য়েংনিংঙেঙ। "চুম্না য়েংবদি য়াদে এখোই,
মুরকনি, মীচংসু য়েন্নসি হায়র-কদায়।
য়েন্নকমসু খংদরে। ফুন'সন্নহুনা নে
কুম্মৈ য়েংসি" হায়নরে। নান-কাদি ফুনদে,
অনি অদুসু ঙৈনৈ কুম্মৈ য়েংই সুম দৌনা।
সনা মিৎয়েং ভাবদা "অনি সিসু ঙৈনরে,
কয়ো মাংবা ভারেনা -" হায়না হায়না য়ৌরক্লে।
সনা পংথোং য়ৌবদা সনা'য়াথং—"করিনো
অঙম্বা নহোয়-অনিবো" সনা য়াথং সিদা
'ঙম্বা অনি চোংথরে সয়াং থক্তে লৈপাক্তা।
থাংনা নিংথৌ খুরম্মি। খম্ব-নোংবান অনিসু
দণ্ডবৎ কৎলে। নিংথৌনা উবদা সনা পুক্নিং
পেল্লে। অঙাং অনিগী মওং মতৌ নিংথিবা,
নিংথম শমজিন চিনবদা, পান্দু লৈখামদগীনা
চপ-চপ মায়ৈ উনমু গুম। মপু ওইবা মপুনা—
মরল ওইবা মনাইবু নিংথিবদা হয়াওবা
মপুশিংগী মথৌনি। পম্পাক অনি খাইদোকঈ।
মচা মচা পংথোংদা লেপই। ঙাইহাক লৈরগা,
মোইরাং চাওবা চংলকই খুমন মমাকী নাক্তা।

নোংয়াই মকু খুরমই। মবাই ফৈরোইজাম্বদি
সনা খোগন তৌহনা সন্না নাক্কা লৈরম্মে।
খম্বা মবাই খুরম্মে। মপা মমা লৈতবা
নোংয়াই সাগন ভুকাংদি থোংলেন চাওবা-মবাইগা,
লাইনা থাব শিংসিনা খুমন পাংগল ওইজরে।
সরেংচিংগী চিংথাংদা কবুই ওইবা জাৎ-মানি,
মবুক তোবা অহন্নি সলাং নিংথৌ উরকই।
থোংলেন কৌবা মহাক্কা খিক্লোক 'মদা চাংদম্বা
হৈব-শিংবা মান্নবা, মনাই মন্নাম লোইননা
কুম্মে অসি যেঙকই। মনাইশিংদা—"কনানো
নিংথৌ পম্মাং অসিদা কৈনো য়াম্না লাংইবা ?"
মনাইশিংনা—"ইবুংঙো! থোংলেন চাওবা খম্বনে।—
হাই হাই ইচা খুংলয়ে।-শিরুববা ইচানি,
মোইরাং খোরী কৈথেন্দা ইচাই থবাই মঙানা
হকচাংদগী তোংঙাননা লৈরম্মবা ইচানি।
ঐনা খিজরুদনা কনজরবা খম্বনি।
ইচাই মশক উদবা লোইদাম কুমজা হাম্মক্লে।
ইচা মশক য়েংউগে।" হায়রে সলাং কুম্মক্লে।
মনাইশিংগা লোইননা চেম্বরক্লে তম্পাক্তা,
নোংয়াই মচা কৌরকই। নিংথৌনা—"কনানোনে"
খন্নুনা সনা খিংয়েং তারকই। হংই মনাই
সেলুংবা ফৈরোইজাম্বা খুমন মাগী মবাইদা।
সলাং মাগী পরিচয় মবাই হূনা হংগংলে॥
"অসিমম্বু খম্বগী মী ওইরে" হায়রিখরে॥
"লাইবক ফৈদা খম্বসে—পুরেম্বাইবা অঙম্বা
সংগ তৌইদা নংদে। নিংথৌ ঐদি পংইদা
অসিমম্বু ঐহাক্কী মীবু ওইনা খম্বনা

মনিঙুম্না নিপানি।" হুন্না খন্নৃখি পুক্নিংদা॥

সনাং মাইবা লাওরকই—"লাইবক ফবা থোংলেমবা মোইরাং চাওবা মোংখোম্বা নবিঙাদি ইচাগা হুমিং খুদিং চামিন্নে। চেক্লাওম্না চিন্দিনে, পাম্মি 'বুংঙো।" হায়দুনা খম্বা মচা থোক্লকই॥

সনাংমাইবা থোংলেমবা মোইরাং চাওবা অঙমদো প্রেম্ম ভৌনে। খম্বদো পাক হেক চংবা ওসঙদে। ভিঙক ফিঙক য়েংজখি। সনাং নিংথৌ মপানা—"ঐ ইচা পম্বগে" হায়না খুমম লোমদা চংলকই। নোংয়াই মপা সনাংবা কোংয়াং চৈস্থ তাংবগুম দণ্ডবৎ ভৌই খম্বা। "মনাই লাইবক থিবদি পম্মৌ শিক্লমবনি ইপাই 'বুংঙোই থৌজান্না মচা হিংজরকপনি পম্মৌ নংম্না অনিরক পোকপিরবা মচানি।" হায়না খম্ব কম্লকই। "ইপাই 'বুংঙো! ইপাদি খাঙলে 'য়াকপা থকপনি য়াংলী 'থুম্বা চাবনি, পাম্মি হংগোইগদবা ইপা অযুক্না চুপকে।—ইপাই 'বুংঙো হায়বিয়ু।" থোংলেম চাওবা অনিনা—"নোংয়াই চংউ নপাবু নোংয়াই করি কিখপে।" লাওখি। খম্বা চংহুনা সনাং চোংথোন শোকউরে। মপা সনাং নিংথৌনা—"পাম্মি খম্বা ইমাবু মঙল ওইবা ওইনমু।" হায়না মচা কোকখিরে লাইবক থৌজা চুম্মিরে। য়েং থংবদি মখুংবা নোংয়াই মচা কোন্নগা ওইথংবা থাংগৎতুনা, পুরেন-অথৈবম-দি মচন্ মতাও কৌহনা সনাং মাবু কম্লকই। মচম মতাও অনিমী থোংমান থোকপা শক-ফমদো সনাং মানা উরকই। মচিন খোক্না সনাংনা—

"ইচল-ইভাও অনিমক নচাগী মতেং পাংলো।"
হায়রকপদা মূর্ত্তিদো মচা খম্বে মশাদা
ভিনখিবহু উত্থৌয়ে। থোকইবদি থোদোকনি,
থোংলেন মাহু উত্তখি। "ইভাও সলাং ওকএ-ছাই!
কুপা পিয়ে নচাদা, ভোজন ভৌরু লৈরুরো।"
হায়রে থোংলেন মভাওনা। "করে ইভাও ইচাগী
মঙ্গোল ওইনননবা লাইনিং পরৈ চেৎপিয়ু।"
হায়নখরে খম্বনা। হুম্না সগাই কানম্রে॥
কৈরোইজাখদি তাদে থৌগল অতে খরগা
সনা মাকোং চিকতুনা—"খবা নোংবান অসিবু
করম দৌই শসিবো?—ননাই 'থোইনা লানগত্রা,
নোংবান সিবু মক্তকপু—। থোংলেন-মপা অনিদি?—
অঙোম নিংথৌ অসিস্থু কয়া কুচু পাংজদে
ননাই থোংলেম্না পাজি ননাই 'থোই উত্তবদা।—
অসি মঙাইদনকো! অজ্ঞা।" হুম্না ঙাংনখি
মনাইশ্রিংগা নিংথৌগা॥ মতুং তারকপসিদা
মনাই থোংলেন কৌরকই—"ইপু থোংলেন অথৌবা।—
অজ্ঞা।—ঐদি কুইরেদা।— অজ্ঞা!—নংদি হৃজিক্তা?—
লোইরুকনিংলদনা ননাই লমজা খম্বগা,
ননাই ঐবু চোরোম্না—। হায়দে ইপু হায়জদে।
শাওরুবদি হায়রুস্থ ঐনা থোইনা সুংঙাইব্রে।
অহবু ইপু ঐনা নোংথোম্বদা, কৈ সিবু
হংই লৈবিবয়া হেনখরবরা হায়না;
হেনখরে হেক্রি হায়বা পিদে অবেম 'মভা।
'ওরাং য়াচংবা ফাওবা কৈনী মজিল অরমই।
মতুং অসি খংদরে।' অম্বুম থুমই নোংথোম্না।
ঐদি খবাই রারুরে—মমৈসিদা হায়রবনা—

'লাকথিসনু ইতাও-তুক কৈনা হেনথিরম্মগা
চাওবা ইম্না কবাক-খল, পুখৎপিনু ইনিংথৌ।'
হুম্না খুম্মিনে ইপু।" হায়—তম্মি থোংলেনবদা॥
থোংলেন ফাক ফাক্ নোকতুনা—"পাম্বা হেল্লোই ইনিংথৌ।
তাম্বোক্তুনা চংলরোই।—করিননো অথৌবা?—
নঙা ইবেম্মগী বিচার লাংওন ওইরমুনা
পোক্লরবা পাম্বনি। খম্ব-নোংবানবু ঙাইরি,
কৈ তুমই।—অওইবরা?—চোরোন্দবু থোংলেন্না
করম মীনমগদগে, লৈগ্রববা ইনিংথৌ?—
তুনা হংইবসিনি—শোইররোইকো ইপু?—
শোইররোই।—শোইরবদি?—শোইরবদি থোংলেন্না,
পাম্বা শরুক শিনগনি কৈ শাগনি পন্নুংদা।
ঐবু থিনবা হানবনা কৈবু ফাবা শকসনু
মানা ঙম্বা লৌবিনু।—তুনা থোইনা কিখরে।
করিনা হোরেন নংদি, মুংশিদবা অমদা
চিকে থোৎকে হায়নিদো।—করি বানো ইনিংথৌ,
মীনা কৈ শারুবদি হৌনদবা রাফম্নি
শোইরোই হায়ককুবনি।—তুদি মম্নি কৈ অসি
কয়া বাং চাওবা কৈনো?—খোইরেনতাক্কী কৈ অসি,
মরেপ্পা খুতুপ মঙা মমুংদা খুতুপ তরুক
ওইদোবাল্লে ইনিংথৌ।—ফনা চাওরিনা মম্নি।—
অজ্ঞা।—মচুদি করি? ঙাং-য়েক্লি, কোরি চেক্লি
ময়াংলেন্দা, মাসিনা নিংথৌ শাগেনি হায়রি॥
মমৈ চামোর তাংই মসি লুরাংনি। মঙাংগী
মথোং মরি তাংবনি। মবুক তাংই মাসিনা
অঙোম্নি। মরাইবক তাংই মাসিনা খুমম্নি।"
থোংলেনগী রাসি ঙাবদা চাওবদা-"ইপু।

মন্ত্রিনা কৈ লৈরি হায়রি, পমপাক পাও চেপ্পোকও!
শাসি খৌসি নোংথোক্বা।" হায়রে। চাওবা যোংথোক্না,
"অক্তা" হায়না খুঁদ'মা তাগী মতোম্দা থেৎলে।
"লৈপাক পুম্বা শাথোরো—মপু সনা য়াথংনি
শাগী মওং খংলসি অপায়-অপায় লংসিল্লো।
কৈবল হোৎরো নিংথৌনা পাম্বা মচু য়েংলসি,
হায়রে য়াথং তাকপিরে।" হায়না লাওরে চাওবনা॥
সনা পম্পাকতগীনা মথং মথং লাওনখ্রে।
পুংসেন য়ৈরকই, নিল্লে। থোইরেনতাকী মীয়াম্না
ব্রা বা য়া মা লাওরক্লে। হাওগী পমপাকতগীনা
শাগী শারাও তৌহনা থৌনরক্লে নিনখবে॥
মতম সিদা থোইবিনে খুমন চনু খম্বুনে,
মনাই সেনু কৌবিনে নুরা অহুম অসিন্দি,—
কৈবাও তানি হায়হনা—কুবালাগী লোকোক্নি,
পিয়াইনু পাগী লোকম, লমদমসিদা লাক্কুনা
মনি থোকপী লমজাউদা মনি মথি কোংবগুম
ভাল্লে অহুম ভাইজরি॥ পাম্বা থৌনবগীদি
নিমরকপা মীথোল্নি নুরা অহুম তারক্লে।
থোইবী পুক্লিং লাংলকই, নুরা পুক্লিং হুরকই।
নুবা অহুম লৈরিবা লমদম সিদৈ য়েংবদা—
উরে মীয়াম তিনবদো খুদেং শাবা সোক্কুংদা
সগাই মথক অতুদা। লোইবা তাংখোং লোন্ কৌবা
লোইবী মাগী চিংয়াংদা—লোইবী পাম্বা কবোক্লে
লৈরাং মানা শাৎপগুম বসন্তগী ময়াইদা
নিংথিজরে লমদমদো। ভোরোক ভোই সংবাসৈ,
মপু মোইরাং নিংথৌগী মোং-সেকপিন, কয়া 'মা 'মুক
অহুম অথৌ কয়াগী হুনা মরোল অমা 'মুক।

কীয়াম মখন মখয়ে—নুয়া অহম উরকই॥
হুবালাগী লমলমদা থাদোই থমোই লোক্তনী
অকুৎপদি লমলমদা খোইরেন তাক্তা চেম্বুগ্রে,
খুমন থমোই ইশাক্তা প্রেমগী ইচেন তিনখয়ে।
মবুক শিংপা তুরেনগুম সোর পিক্লে খোইবীদি
মথংলেনগী খনবদা হকচাং তনিক তনিকই।
নুয়া মাগী থরাইদি চেক্লা চাদি ওইহুনা
মাগু তুংবু ইনখরে। নোংয়াই মচেম লাইরবী
মৌপ্‌রাইদমক হায়কই। নুবা সেম্বু কৌবিস্তু
মবুঙৈভাইদমক খনগ্রে। ভাঙোই মজা 'বেম্মনা—
"ইমান সেপ্পী ইনম্মা! নহু নিংথৌ অহুবু
পম্মুং চংল-মাম্লেনে।—ইবেম্মা চংল-মাম্লে।"
হায়নরে। মীয়াম নিনবা, কৈনা ঙংলকপহুনা
লোকমাইদা যৈরকপনা খাংজিং চিংজাউ নিক্লগ্রে।
লাই-মনাই হাম্‌জি-চিংসু লেংই—থ্রুক্ থ্রুক্ লাঙরকই।
হুবালা কাওবা নিকগ্রে। হান্না পাম্বা মতাক্তি—
খোইরেন-তাক-তি বাংখবোক, খৌখুয়োক-তি খামেল-লোক,
উয়াং কাইগীদি লমদম, হাওবম্‌-লোক্কিদি তুখুপ,
লিদা কৈনা তম্নমই। ভ্রুং-ভ্রুং হৌ-হৌ পাম্বনা
চোংথোক্‌ননা থা-বাংদা নোংপোক নোংচুপ থুংলকই।
পাম্বা কোয়চেন্‌ চেল্লকই। য়া য়া য়া ভ্রুং ভ্রুং বা বা বা
পুম্নমক ওইনা লিনখরে। চিংউ খাংজিং মহাক্লা
পুথোরক্লে কৈ অদো মপু মোইবাং নিংথৌগী
মনা পমপাক মক্তদা চোংথোক্‌ননা লেপ্পরে॥
কিয়ান অমা হায়হনা তুমিন তুমিন লৈনরে।
ভাহাক লেপ্লম্মে, মখৈ ইশাং শাংনা চিংহুনা

মুবালাদা থোইবীনা—"লৈপাক তুমিন্না লৈবখি,
শাগী মখোন তাখিদ্রে। পাম্ব-মুবু ফাবনা,
কোংয়ানববু শোকপন্না নত্তু নিংথৌ শোকপন্না!
'নম্মা লাংবা পাদম্মু! —চুমই ইবেম্মা য়েংগে।"
হায়না খম্বু মচেম্মা লাংনা তন্না থংচরে।
য়েংই। ""নম্মা কমদোই? মজাইবেম্মা বারুম্মু
ইছু নিংথৌ কৈদোদে থম্বা নোংবান চংজরি।
পাম্বা শাথৌবদনি। লাইনিং পরৈ চেৎপিম্মু
অনি পন্নুং চংদোরে, থৌদো সিনা হায়বনি।"
মুন্না হায়না লৈনবি। গোইরেন-তাক্কা নিংথৌনা
মোইরাং চাওবা কৌরকই—"নোংথোম্!—অজ্ঞা।—মন্ত্রিসে
মবা মক্তি শোইদেদা।—শোইদে অজ্ঞা মনাইসি
মনা পিববু য়াইএ।—নিঙঙম্মি ঐমু ইপু,
মনা পিসি—মন্ত্রিবু!—অজ্ঞা!—ইপু লাকপিসি,
ইপু নবা শোইদবা মুংঙাই মনা পিজগে,
চাত্র-মরোং-লৌ, সংগাই কোংজেং লৌ, লৌ পরি'নি।
ফংবিখরো ইপুনা।" হায়রে মনা পিখরে।
লৈরুম অনি থুমু-পোংনে। থোংলেন মনা ফংজরে॥
থোংলেন মনাইশিংনা মনা অছু পুথোকই
চাওবা থোংলেন থোরকই। চাওবনা মনাইশিংদা—
'হাই হাই ফী থুম ককাদো, নোং চোৎতুনা তোককনি।
ঐদি অহিং থাংপোকনি নোংয়ুবোই ঐনা দম্মু।"
হায়তুনা চাওবগীদা থম্মে মনা পোৎ-মখৈ॥
চাওবনা থোংলেনবদা—ইতাও মন্ত্রি ঙসিগী
মনা সিদি হংগৎপনিদো ঐনা চুবদবা,
তংখাই য়েন্নি।—লৌজৌ চাওবা পুরোহুম ইবো,
থুমন মচিন মৌপাগী পিনবগীদমক্কা

কীরাব মথন মথয়ে—নুরা অহম উরকই॥
সুবালাগী লমদমদা থাদোই থমোই লোক্তগী
অকুংপদি লমদমদা খোইরেন তাক্তা চেন্থরে,
থুমন থমোই ইপাক্তা প্রেমগী ইচেন ত্তিনথরে।
মবুক শিংপা তুরেলগুম লোর পিক্লে খোইবীদি
মথংলেনগী থবরদা হকচাং তনিক তনিকই।
নুরা মাগী থরাইদি চেক্লা চাদি ওইহনা
মাঙ্গ ভুংবু ইরথরে। নোংমাই মচেম লাইরবী
মৌপ্রাইদমক রারকই। নুবা সেমু কৌবিসু
মবুঙঙাইদমক থনপ্রে। ভাঙোই মজা 'বেন্দনা—
"ইমান সেম্বী ইনম্বা! নহু নিংথৌ অহুবু
পম্বং চংল—মাঙ্গেনে।—ইবেম্মা চংল—মাঙ্গে।"
হায়নরে। মীয়াম নিনবা, কৈনা ঙংলকপন্থনা
লোকমাইদা য়ৈরকপনা থাংজিং চিংজাউ নিক্লক্লে।
লাই-মনাই হামজি-চিংসু লেংই —থ্রক্ থ্রক্ লাওরকই।
সুবালা কাওবা নিকপ্রে। হাম্না পাম্বা মচাক্তি—
খোইরেন-তাক-তি রাংথবোক, থৌথুবোক-তি খামেল-লোক,
উরাং ফাইগীদি লমদম, হাওবম্-লোকিদি ভুথুপ,
সিদা কৈনা তম্নমই। ভ্রুং-ভ্রুং হৌ-হৌ পাম্বনা
চোংথোক্ত্রনা খা-রাংদা নোংপোক নোংচুপ থুংলকই।
পাম্বা কোয়চেন্ চেল্লকই। য়া য়া য়া ভ্রুং ভ্রুং বা বা বা
পুম্নিন ওইনা সিনথরে। চিংউ থাংজিং মহাক্লা
পুথোরক্লে কৈ অদো মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনা পমপাক মক্তদা চোংথোক্ত্রনা লেপ্লরে॥
ফিরান অমা হায়হনা তুমিন তুমিন লৈনরে।
ভাহাক লেপ্লম্মে, মমৈ ইশাং শাংনা চিংহন্না
হাদগী শাথুপ কমদা কেরেল্-অমুক চংথরে॥

কুবালাদা থোইবীনা—"লৈপাক তুমিন্ন লৈবখি,
শাগী মথোন ভাখিল্রে। পান্ব-তুবু কাবরা,
কোংয়ানবু শোকপরা নত্ত নিংথৌ শোকপরা!
'নম্মা লাংবা পানমু!'—তুমই ইবেম্মা য়েংগে।"
হায়রা খম্ব্ মচেম্মা লাংনা তম্মা খংচরে।
য়েংই। "নম্মা কমদৌই? মজাইবেম্মা রাকনু
ইছু নিংথৌ কৈদৌদে খঙ্বা নোংবান চংজরি।
পাম্বা শাথৌবদনি। লাইনিং পরৈ চেংশিঙ্
অনি পন্নুং চংদৌরে, থৌদৌ সিনা হায়বনি।"
অম্মা হায়না লৈনবি। থোইরেন-তাঙ্কা নিংথৌনা
মোইরাং চাওবা কৌরকই—"নোংথোন!—অজ্ঞা।—মন্ত্রিসে
মরা মক্তি শোইদেদা।—শোইদে অজ্ঞা মনাইসি
মনা পিববু য়াইএ।—নিঙঙম্মি ঐসু ইপু,
মনা পিসি—মন্ত্রিব!—অজ্ঞা!—ইপু লাকপিসি,
ইপু নরা শোইদবা মুংঙাই মনা পিজগে,
চান্দ্র-মরোং-লৌ, সংগাই কোংজেং লৌ, লৌ পরি'জি।
ফংবিখরো ইপুনা।" হায়রে মনা পিখরে।
লৈরুম অনি থুম্-পোংনে। থোংলেন মনা কংজরে॥
থোংলেন মনাইশিংনা মনা অতু পুথোকই
চাওবা থোংলেন থোরকই। চাওবনা মনাইশিংদা—
'হাই হাই ফী থুম ককাদো, নোং চোংতুনা তোককনি।
ঐদি অহিং খাংপোকনি নোংয়ুবোই ঐদা শম্মু।"
হায়তুনা চাওবগীদা খম্মে মনা শোং-মখে॥
চাওবনা থোংলেনবদা—ইতাও মন্ত্রি ভসিসী
মনা সিদি হংগৎপনিদো ঐনা চুমদরা,
তংখাই যেন্নি।—লৌজৌ চাওবা পুন্নোত্থম ইবো,
খুমন মচিন মোপ্পাগী পিনবগীদমক্তা

ঐরা তানবা ইবন্নি। মনা অসি চাওবনে,
পুমপি পিথোকপদি তুক কত্তে হুনা নহাক্না
ভংখাই 'মদি খাকথো হাই। লৌ পরি অম খাকথো।"
হায়রে তংখাই য়েন্নরে-চাইন্নে নোক্নে মুংঙাইনৈ
কাগি তৌনৈ হৌরাওনৈ চাওবা থোংলেন অনিদো।
মতুংসিদা নিংথৌনা লৈপাক লোমদা য়েংহুনা—
"খম্বা-নোংবান অনিবু চংব য়ারগনিনা?—
অঙ্গা নমাই ঐথোইনা পামজবমক তাকপিরে!"
খুমে মুম্না প্রজানা। খম্বা নোংবান কৌশিল্লে।
মপু সনা য়াথংনা—"তয়ুম নোংবান অপাম্বা
নংঙোন্দা হান্না হায়গেকো—পম্মুং চংবা নবিঙা
ধর্ম্ম কায়নগন্নুকো পাম্ব মাবু নহাক্না
হান্না থেংনরবস্থ পাংসন্নুকো নতাওনা।
নতাওনা থেংনরবস্থ নংনা পাংউ তয়ুম!
নংনা করি হায়বগে?—অঙ্গা ঙসিগি সিদি,
ঙাকাপিগনি চোরোন্না মাগী মাগী মপাংগন
য়েংনবনা থোকত্রা; অনি য়েংসিন্নহুনা
ফারবদি পাম্বসি সনা বুদ্ধি তৌবিসি,
ননাই ঐদি পামজদে।" মুম্না খুমই নোংবান্না॥
নোংবান মরা তাবদা মোমোন নোকই মোইরাংগী
মপু মোইরাং নিংথৌদো। সনা য়াথং—"কোংয়ানবা!
সাগ্রেম-লাংগ্রেমনগন! হায়কৈ য়াই, নংনা হায়বা!
নংদি পলেম পম্ভৌনা চায়োক লাংগোন কবরী
কল্লি থৌই চুমইকো।" মুম্না খুমই নিংথৌনা॥
অতাবনা ঙরুথি ঙরু-ঙরু থংনখি॥
সনা য়াথং খম্বদা—"তয়ুম খম্বা!—ইনিংথৌ!—
নংনা থেংনবদা পাম্বা, নতাওনা পাংসন্নু

নত্তাওনা থেংনবদা খুমন বংনা পাংবসি,
নোংয়াই করি হায়বগে ?—" লমজা খম্বা খুকউ 'নি
মালেম' লৈদা তাম্না মখুৎ অসি লোম্বরে,—
"সনা য়াথং তুং-ইন্না মনাই থোইনা পামজরে।
ওসি পাম্ব অসিদা মনাই থেংনজদবা,
চোয়োন্ থোয় পিবিয়্। 'তাওবা লেপ্প ফাসন্থ্।
তাবাংজবা ওইহৃনা ননাই খম্বা লাকচগে।
মনাই ইতাও নোংবান্না পাম্ব অসি ফারগা
সনা কোপ্পুং য়ৌবিবা। খুমন্ লাইরু-শ্রুত্রগী
ইবেম্মা লৌখৎত্তুনা লুহোংলগা কোপ্পুংদা
ইত্তাওগী মরান-য়াইদা লেপ্প যোবা অসিদা
চোয়োন কৃপা তৌবিয়্।" হায়রে খম্বা য়াজরে॥
খম্বে মবা তাবদা সনা পুক্লিং অহৃবু
উনবু হেন্না ইংথরে—"খুমন মনাই খম্বনা
কৈসি ফাবা তাবোইনা।" থনখি সনা পুক্লিংদা॥
সনা পমপাক-তুদগী অতাবা প্রজা মখৈ
খুমন মাবু থাগৎলৈ।—"নিংথিজৈদা লাইরবা
মজল ওইয়্ নহাক্না—" থোয় পিনৈ লোইনমক।
সিগী মতুং অহৃদা—হুইরোই, লম্বোং অনিবু
সনা য়াথং কৌসিন্নে। সনা য়াথং—"নথোইদি
অঙাং অনি অসিগী মমাং থানা চিংবিয়্।
হোয়েন পাম্ব অহৃবু সিদা লৈরে হায়হৃনা
তাকপিরম্মু অহৃগা থোরকউ।" তাকপিখরে॥
খম্বা নোংবান খুরম্মে। "জোয় ওইবা পিনসন্থ্
চিংউ থাংজিং মহাক্না, ধর্ম্মনা জয় ওয়ুকো।"
সনা য়াথং তাকপিরে। নিংথৌ সনা পুক্লিংদা
খুমন মাবুনা লুমই। নোংবান মপা খুরম্মে।

---

১৪

## খম্ব-নোংবান অনিনা পম্লুং চংবা

জোয় ওয়্ হায়না নাম্বিয়ে। হুইরোইগী তুং-ইন্দুনা
অঙোম নোংবান চংলকই। খম্বসু মপা মকু
মবাই, অতে অঙম্বা পুম্বা লোইনা খুবম্মে।
নোংয়াই মখুৎ থাংগৎলে মায়কৈ মরি ওন্দুনা
লৈপাক প্রজা খুবম্মে। লৈপাক মা হেক লাওরকই
"মঙ্গোল ওয়্ ইবুংঙো।" লাওরে লৈপাক্লা পেন্নে।
খম্ব্ থোইবী অনিগা নুমা অহুম তাখরে।
পম্লুং চংবা ভারেনা স্থম্না লেপ্লে খংনখি।
খুমন চম্বু পোম্লেম্বী মমায় থোইরেন তাকলোমদা
ওন্নে—"ইহু নিংথৌ! 'চেমগী ইবুংঙো লাইমবা।
পোকপদগী ধর্ম্মবু কাইরক্কবা নংনিদো!
হা ইমা ইবেম্মা! পন্থৌ ইপা ইবুংঙোগা
অনিমকপু লাকপিম্বু নচাই মতেং পাংবিযো।"
হায়মা খম্ব্ কপ্পকই। মৌনা ওন্নেন নংলবী
বাবা মৈনা কাম্ববী খম্ব্ খুরমজখরে
শিব দুর্গা অনিবু। পামেন বাংবা উকাদা
কংঙমদনা শাৎলবী মজাইবেম্মা থোইবীনা
দুর্গা কৌবী লাইরেম্বী নুরা থাগোমখরে॥
মমিং সনা লকাদা পিগী ইমা হৌ'মখে।
থাদোই মমিং উইশিল্লি। "থাদোই কবি মাবগে
থোইনৌ ইভা কিরুম্বু।" হায়গুম তৌই নাকোংদা
দুর্গা মূর্ত্তি অহুবু ভাঙোই মাগী মাংহুদা
তুবৎ তুবৎ চংপগুম্ উই; থোইবী মিং পাংথোকই।

য়েংদ য়েঙ উখিদে খুম্বা লাইবু ঙিংখরে।
সনা পম্মাংদগীনা লৌ পরি মরি রোম 'খুম
চংলে মাপী ময়হুনা। হুইরোইনা মাংদ, লম্বোং
অহুই মথংদা, নোংবান থম্ব থংন থংননা
খুম্বা লাকই। থাংজিংনা ঙিংখরে "চাং-য়েংলগে।"
লোক্লুংদগী খংহৌদে মুংশিং অমা থারকই।
নোংবানগী মাঙ ওইননা—যারা-পুচ্রক,-ল্যাংচ্রক্রে,
শিংগ্রেং লাংগ্রেং খোইমোয়ে, নহু-য়াংগেন্ তেকু-চাকতা
অমুক্তং মুংশিংহুনা যৈবকপবু নোংবান্দো
কৈ লৈরে হায়না নিংগ্রে চপ-থুংনা—"অচ্চা অচ্চা —
নহাদে" হায়না নোংবান হাকথং তা-হু অহুক্তং
থিল্লকপবু মুংশিংতা, হুইরোই লাম্বোং অনিদো,
ফন্ ফন্ চোংথোকচহৌই। কুদগী সংচহৌই।
স্বাই স্বাই লাওই অনিদো। "হিু হি শিরমগনিদা।"
হায়নৈ দংদং চোংনরে মিহুন্দো। হুইরোইহুনা—
করিমো! ঐখোইদবু সেলুংবা তানা থিনগে
তৌবদে?—কৈনি হায়'মা তৌবনি মারেংব-হু
উবদা। তৌগ্রা উদ্রা?—করি বামো মাহুবো!
মাং মথারি ঐখোইনা, লাংনা থুদম লাকখিনি।
হৌনবরা অহুম্না?—হৌনবরা হায়বদে
হৌনবী তাকইবরা?— হো হৌনবরা হুম্না?—
শাগী শারম্ থংদনা, লানগী লাল্লম উদনা
সানগী লানবু ওইনিংবা, শাগী শাবু ওইনিংবা
পাম্বা মপা মমাবু ওইনিংবদি কৈদৌনি,
শিগে শিঙৌ কৈদৌনি। মপাং থিনা তাখোক্ন।
ফুগেদো মতোইনরা? খুম্বা থুম্নে নোংকাম্না
হুইরোই লম্বোং অনিদা। হুইরোইহুনা—অহুদি,

ঐখোই অনিদা খিন্নু হায়রকপনা খিংথোনা!
"খিন্নুদনা" হায়বদা নোংবান্দো 'খিনখদে'
হায়হুনা তাহু হেক্তা মচিংই। খম্বনা—'হি:
হৌবদে' হায়। নোংবানগী তাহু কারে।
চিংথোকই। হুইরোইহুনা—"ইবোভান্।
থাম্বিরম্নু খিহুনগে।" হায় শাওই মৈশুম তাংই।
'শাওবিগনু' হায়হুনা খুমন মাথা থামজরে।
হুইরোই লম্বোং অনিনা পাম্বা মাবু কৌরক্লে—
"কৈরেন নংদি ঐখোইবু নপা মমা শকপম্বি!
নোংবান হায়বা জীবসে নংগী চিঙাক ওইজৌকো!
নোংমাই মথৃ-বাক সিদা য়াইবী মাংবা ওইবকউ।"
হায়না শিরৈ পাম্ব-দা। হুইরোই লম্বোং অনিনা—
"মোইরাং নিংথৌ ভাবিমু—ননাই ঐখোই ওমদরে
মাং-থাবা য়াখিদরে, মুংশিং-ভবু তা-থারে।
ননাই খোইদি ভুম্মরোই।" হায়না লাওবে লৈপাক্তা।
"কমানো" সনা য়াখংদি হংবিরকই। "নোংবাম্বি"
"চুমই চুমই তৌবিদি"—হুম্না হায়নৈ লৈপাক্লা।
মপু সনা য়াখংলো—"হুদি কবে পোৱক্লো।
মায়কৈ য়েনবিরম্মগা খম্বা নোংবান অনিদা।"
হায়রে। হুইরোই লম্বোংনা—কয়ে হুদি খুমন অঙাংনা
অবাং পাংনা চংখংলু। নোংবান মথা পাংথরে।
ওসি শানা লৈবদি অবাংলোমদা লৌরেকো।
ঐখোই অনি খোল্লগে।" হায়রে। নোংবান্না—"ভাইখো!
অবাংলোমদা ঐ চংকে। হাল্লা কোক খেংলদনা
কোক হেক কাদোক্পনা কৈ, মুশিং খেংরবদনি।
হাক্লা চাওবম্মু নত্তে।" হুম্না তৌই থাডাংহু।
"য়াদে নোংবান সেম্মুংবা মপু সনা য়াখংনি,

হুইয়োই লম্বোং ঐখোইদি য়াগং হোংবা য়ানদে।
খুমন নত্তাও খম্বনা অবাং মায়কৈ লোমদগি
তাম্বয়ক্লমলুবে। ওসিগীদি পাম্ব-সে
হোয়বা চংপা শানিকো—খুমন ইবুংঙো নংনা
হোয়থরকউ অম্মুয়া। ঐখোই থোক্লে" হায়দুনা
থোকপ্লে অনি অসি। নিপা অনি অহুনা
নোংয়াই মাবু য়েংদুনা খুবাক খুনম ওল্লমই।
খম্বা বাথম তৌহৌই। ভাবসি ফংলে খম্বনা।
পাম্ব খুংতা শোইগনি ওসি শোইরোই নোংবানদি
সুম্বা খংখি অনিনা। কৈ অসিনা লৈবদি
মথা পাংনা লৈখরে। হুইয়োই-লম্বোং-অনিনা
নোংবান মাবু শিসম্মু খনবদগী মায়কৈসি,
ওম্ম তৈনা তাকপনি পাম্বা ম্নাহিপকমসিবু॥
মমা লৈম লৌন-তা পম্মৌ মাগী খুংসু-তা
নোংয়াই হাকথং তাদুবু অঙাং য়েংনা পায়দুনা
যুবরাজগী তানা তারোন তাদি ওইনা পায়।
মমায় অবাং পাংদুনা খুমন মানা তুংদা ইল,
ভক্তি মাংদা থাদুনা পাম্বা মাবু থিখরে॥
উচেক 'মঙং তুবৎনা, জীব অমা লেংবদা
খুমন মানা—"ইবুথৌ! তোল্লবনি নম্মুদি
ঐগী মাংদা লৈবিম্ম—পাংগম কনবা ইতাওগী
মায়কৈয়োমদা লেংবিয়ু।" হায়না খম্বা খুরমই॥
অশেংবা শোল্লকপগী লমচং অসি উৎলকই।
থমোই লুবা খম্বগী মমাংদগী থৈদোক্লে
তুমিং কাং হয়িং ফাওবা। "ম্লাম্দবা লাকই ঐখোই
য়োম্মু লাম্লুগনিকো।" সুম্মা ঙাংনৈ জীবশিং।
মরান অমা কাওববু নোংয়াই মাংদা পাইশিল্লে।

ধর্ম্ম মানা লাকপদা তুমিংৎ কাওবা লাবদি
ভক্তি তৌনা থৈদোক্লে। মথোন কাবী জীবশিং
নূরাগুম্বী শিংহুনা থোকই য়েংই মঙ্গোল-গি॥
জীব অমা খম্বগা থেংনখিদ্রে সুমদোংদা।
নোংবান মথা পাংবদা খিরকপদি প্রলয়নি।
মথুং-সু তা অনিদা কৈনা পুক্লপ পায়হুনা,
নাপীশিংবী অপুম্বা পোয়োক পোয়োক নমহুনা
সনা পম্পাক মপাদে হাওরৌ পরি'ম য়োমগী
মমুংদা সুম্বা লাকএ॥ থোংয়াংবম্ চমু নূরা
কুঞ্জমালা কৌবিনি, খোইরেন্ তাকী পাম্বগী,
খুজা কৈখা থাখিবী নোংবান মাগী মাং-ওইনৈ।
কুংতক তৌবা অবদা—লৈয়াং থম্বাল কৌবাবু,
অঙাং মবা ওইবনা সেগাইহুনা মথুংনা
মালেম থক্তা হন্দোকপা অচুগুম্বা তাহুনা
কুঞ্জমালা লৈরম্মে। শাহু ফংতবদগী,
নূরা মাবু পাম্ব-না লোইনা চাখিদে, মঙক
অচু থদংলে—তোঙান মুজা তারমই। মশা
তোঙান লৈরমই। নোংবান লাইবক থিবী খুজাদো
নোংবান্না থেংনরুরে। নূরা মশক উরগা
নোংবান্না—হাই-হাই মপোক্ ফংতবী, নংম্বা করম্
চংউরিবা; নহান-মুক্তী মপোক্তা মংনা তৌবা
কর্ম্মচুগী ফোংমনি—হান্দক ফংজরবনি॥
মীনদি নংবু নতোম লৌভাকপদা চাবনি
মাহু ওইরম মোইন-হাই! ফংতবী নুপী-লমচং,
লৈয়াং মনম মুংশিবা খিরুরিনি চংহুনা।
নারক জঙ্গোল অদিদা—শাগী ময়াদা মংনা
নশা শকুম হজিনবা॥ নহাক থকী কম্বানো

হানরিবা ময়ামসে! চংউত্রবদি নংনা
ওয়াং বিচার লোইহনা নিংথৌ মচা ইবেম্মা
লৌরদোবনিদোসে ঐনা, নংনা পহনল্লে।
চংথোকউ ননম্ নমথি পানা চাবা য়াদে হাই
নশক অহু উবদা মঙ্গোল ওইরিদি নিংদে।"
হায়রহনা নোংবাম্মা লৈরাং উতুপ ওইরবী
নুরা লময়া তোম্নবী কুঞ্জমালাই হকচাংদো
সেগাইরবা লৈরাংগুম তাজরিবা অহুবু
নোংবান নিন্দা তৌরকই। মখুৎতা পায়বা তাগী
তাথোক-তুনা কোৎতুনা হকচাং অহু লংথোকই।
কুঞ্জমালা কৌবিসি তাইবং মপোক থিবিমী।
মপা মমা অনিনা নুজা মদোম পোকপিনি।
পিশক পিরা মহাকপু পলেম পম্বৌ অনিনা
হুন্দোকলম্বী অঙাংনি নুজা মীয়োম খংদনা॥
কৈরোই লৈকাই পুম্নগী চাক্লেম লুখাক চাহুনা
লেনজয়কপী জীবনি। নুজা লক্তা তিমলক্তে
মীগী মীনাই ওইহনা। মপুই থৌদা থাংবদা
রাজরকপী মহাক্লি। নুজা নপোক ওইবনা
সংসারগী হৌনবা মথোন কায়রবদা
নিপা মপোক নদোংগুম মদোম লেপসি লেপকদা।
হৈয়ে খংঙে হায়হনা খংবা হৈবা ওইফদা,
উরি ওইবা লৈরাংনা শিংঙেন মদোম লেপ্পগুম্
মপুং ফার ফাওবদা মীগী মীনাই ওইনা লৈ॥
কোয়ৌ খুদিং খুদিংগী মপুই য়াথং শোইফদা
হুম্ভি খুদিং লৌ-ঙাকই। কেগে মোইরাং লমদমদা
পাক্নি পুরি থিবদা মমি তাদরবিনি।
ঙাক্না ঙাক্না লৌহবু হুমিৎ খুদিং মচৈবী

মপু ওইবা অতুনা—"লৌঙাকপদি চৎলগা
কোয়ৌ চুপ্প অসিবু উচেক তান্দরমায়ে,
তুম্ন-তুম্ন লৈমাল্লে ফৌসি ইপাম পান্দয়ে
চায়ে লোইনা উচেক্লা।" ঙাক্লা ঙাক্লা মহায়বি ॥
নুরা মাগী মুমিৎতো পাম্বা কৈখা থাখিবা,
উচেক্লসু তাবনা তানবা লাকপা ঙমখিদে।
কোয়ৌ মমৈ ওইরবা মুমিৎ তাম কাওবসি
উচেক য়াম্না তাখয়ে। "ঙসি কৌবা মুমিৎসি
উচেকমক্লু তাপ্রেদা মুমিৎ থেঙ্গেঙ হায়তুনা
হন্দোক্লনা চৎলগা য়েংবদদি হয়েংদা
উচেক তাপ্রে হায়তুনা ঐবু য়ৈনি চৈরনি।"
হায়না কিখিবদগী সন্ধা নারন হনপ্রবা
মতম অসি কাওবদা লৌঙাক সগাই মথক্তা
লৈয়ে উচেক লাওতুনা। উচেক তাব্রকত্রবদা
মাবু লোইবা মপুগী অকিবতু কোক্লে।
যুমদা হনগে হায়তুনা শিঙকপদা মুমিৎতো
পুমমম্ মমথ্রে কিরক্লে অমম্বগী অমুক্তা ॥
নুরা মামা মমপ্রেনা সিদৈ যুম য়ৌবসিদি
লমদম মতা অসিগী ইমুং থেংবা তাখয়ে।
"য়াংদৌ ময়াই চনবদা, পাম্বা ঙাওবা মতমনি
থেংনরবনি চৎলয়োই য়াইবী মাংনা তোক্লনি।
ইমুং অসি লেললগে সগাই মথক অসিদা।"
নুরা অসি খন্দুনা ইমুং অসি লেল্লকই।
শিকুপ পুংজা খিতুনা ইমুং অসিদা লেনগে
হায়না বানা ঙাইখরে। লোইবী অনকপন্থদা
পাম্বশিংনা খোংবতু তাখি কুঞ্জমালানা
ইমুং অসি ঙাইবদা কিখিবনা নুজাদো

হোন্দে মুংশা মোরবু। ইমুং মিকুপ অমদা
চহি অমা ওাইগুম্মে। "কোয়ৌ নংগী নশকতো
উনিংঙেদা অঙারবা" হায়না খম্ব। মমায়ুদো
নোংপোক লোয়ুম্বা শম্বকই। ইমুং কাংখন মচুংদা
পম্হৌ নিঙোন কাহুদা—মবুং মৌপ্‌ৄা অয়াম্বা
পলেম পম্হৌ ওইবনা, ইমুং থম্না লৈববু,
কাংথোন য়াইথি পাবম্বক নিঙোন ইমুং লেনববু
কিপল্লবী মহাকনি। থোইরেনতাকী লমদমদা
লৌঙাক সগাই মথক্তা কুঞ্জমালা লৈবসে—
ইদি ইথোকখরগা বিধি মানা অমুক্তা
য়েংবা ওমম্রে মতোম্নদা। "বিধি কৌবা ঐসিবু
খোম্বন শিংগী থোদাদা সিবু শিন্নু হায়হুনা
পিনবিবা থুংবিবা বিধি ঐগী লাইবক-সে
থিখরেদা" হায়হুনা মদোম নিন্দা তৌখরে॥
থম্বা থকী ঈশিংগুম কুঞ্জমালা লৈরিঙৈ
মতম সিদা ইমুংগী চিংথৈ নাত্তে কাংলক্রে।
নোংপোক থংবা মায়ুকৈদা ওাল্লকপহু উবদা
' ইমুং ওানগদোরেদি কুঞ্জমালা হরাওই।
ইমুং শোইবা অহবু মিৎকী কল্লা অমত্তা
কুঞ্জমালা উইরুদে। পুক্লিং পোৎথারকপদা,
সগাই মথক অহুদা থবেৎ উইরে নুরানা।
মিকুপ অমৈ মতমদা কুঞ্জমালা মমওদা
পাম্বা অমা লাকতুনা নুম্বা মাবু ক্বাম্বরে।
মমিৎ খংবাং পাংথোকই হুমাং কাংই মুজাদো।
মুংশা মপী হোন্দোকই। নুবা কোইনা য়েংওকই।
খোইরেনতাকী পাম্বনি কৈরেন মাবু থুঙওয়ে,
থাংঙৈশেংনা উয়রক্রে। মুজা মদোম্‌ নিকথরে।

কৈরেন মানা লাকপদো চিংশা নাপোমদোগুম্না
সগাইমথোং য়েংলকই। কুঞ্জমালা কৌবিদো
'মুনবা তাওজিং ওইখ্রে—কৈরেন মথুন অদুনা
সগাই মথোং পায়রে। মৈবুন ওইবা মমিৎনে-
মমায় লোংখৎলদুনা নুরা মাবু য়েংলগা
সগাই অদু নিক্লকই। নুরা মথুং অনিশা
সগাই মথক অদুদা কোল্লে সগাই বাদুদা।
নুরা মানা নপশিন্নে কুঞ্জমালা তারক্লে।
তারক্লেদি কান্নদে খল্লদুনা পাম্বদো
সগাই মথোং থাদোক্লে। সগাই মথক তান্নদি
পাম্বা তপ্লোং চোংখৎপ্রে কৈরেন মথুং অনিনা
মুরা সুপকোন কোন্দুনা ফাবে, পাম্বা মনমদা
কুঞ্জমালা থোংগৎপ্রে। নুরা খুৎতা পায়রকপা
নুরা ছোরী মথুংদু পাম্বা কিখিবদগী
মালেম লৈদা তাথোকপ্রে নুরা খুৎলাই লৈতরে।
লৈরাং ওইবি খুৎতনা পাম্বা ভাকথোকচবদি
কুঞ্জমালা কান্নদ্রে। কৈরেন মানা ফাবদা
মশক মশা খংদ্রবী উজহৌবা লৈত্রবী
মাবু পোকপী পলেম্ব, "হা ইমা" হায়রদুনা
থোক্লেন বাংনা কিংনদি নুরা মানা কৌরকই।
ওন্থোকপনি মোংদমবা জীব ওইনা পোকপনা,
পাংগন লৌশিং কনবদু—লৈরাং ওইনা শোনবদু,
পাংগন কনবা মপাবুং মবুং মৌপ্‌া অমবু
কনবিসন্নু হায়নদি কৌজবদু নৎতনা,
থাবুম তরা পুদুনা পোকচরকপী অশোনবী
অরাবদৈ কন্নবা পাংগন্দম্নু বাৎলবী
ইমাতবু কৌনবা চিংউ নংনা ভম্বদা।

করি উপায় ফংনবা করি ভাবপু লৈবরা !!
পাম্বা অতুক চাওরবা, ষোমগী চৈত্থ্ অতুনা
থাব ফাওবা মহাক্তি শিনি হায়রবা নিংত্রবা
কৈরেল মনংগন্-হুদা কুঞ্জমালা কৌবিনা
"হা ইমা" কৌবদি পলেম মাদি খুমখিদরে ॥
সগাই মথক-তুদগী নূরা মাবু পোতুনা
পাম্বা মাদি চোংখয়ে। পাম্বা শাথুপ কাতুনা
নূবা মাবু পুরকই। চংনা ফাবা ওইবগী
নূরা শিদরিবনা শিনিংদবা ওইবগী
নূরা হোৎনরকপদা কৈরেন মানা শাওতুনা
পাম্বা খুতুম অতুনা নূরা মাবু থারকই,
মফী মরোল অপুম্বা শেগাইতুবা হুন্দোকই।
নিংতু কান্দেং য়েরবী নূরা শম্নাং অপুম্বা
কোইদংতুনা হুন্দোকই। মরি মরি তাহৌই।
থম্বান ওইবী মায়থোংদি নূরা মকোক অতুবু
কৈগী খুজিন অতুনা থদংখরে লৈথংলে।
কৈনা ঈবু চুপখরে। নূরা মশা অতুদি
শাতু-ফত্তে হায়তুনা হুন্দোক্লমই পাম্বনা ॥
সিনা তাতুনা লৈবা নূরা মাগী হকচাংনি।
কুঞ্জমালাই মথবাই মঙা তুদি চংখিত্রি,
নোংবান কৌবা নিপানা শাথি থোক্লা হায়রকপা
ভোরকপতু উবদা--ঐমা সিজিন্নরম্বা
অমনবা পোৎপু ঐনা হুন্দোক্লবা ফাওবদা
ইপোং হায়বা ওইরমই হায়না খম্বরুবদৈ,
মাবু মুংশিরুবগুম কান্নত্রবা অমদি
হুন্দোকখ্রবা তুমকপু—মুংভাইত্তরে রারোরে।
শিত্রবা ওইবা মথৌ তৌদরিবা লাক্লিবা

নুবাই থবাই মঙাখা—হকচাং হুবু য়েংহুনা
কপ্লক্লে,—"ওম্বোকপনি ইবেম্মা নুরা হকচাং,
মমল লাইবী নহাক্কে। নংবু পোকপা মুমিংতৈ
কান্ননরকই ইমাগা, নংগী নমল লাইরকই।
চাওরে লমজা ওইহৌরে মীগী মীনাই ওইরকই।
হুম্ব মমল লাইরকই। তাইবং লৈযাং লক্তগী
চিন্নদবী লৈরাং ওই য়াওবকতরে মমন্দো॥
পাম্বা কৈথা থারকই—কান্নদবা হকচাং-ও
নুরা হকচাং নহাক্তি কবি নমম মরাইনো!
পাম্বা মানা কাওবদা চাবিদবা হকচাংনি।
নুরা ওইবী হকচাংদি গংগা জম্বা শেংই-হায়।
থবাই ঐগী তুংনকম মনজরবা হকচাংও
মমল লাইদা ইবেম্মা মুজা ওইবি নহাক্কে।
নবুং নৌপুবা 'মনা নুরা নংগী খোংগুনবু
লিবিনবা লৈতরে। খোইরেন-তাক্তা তাহুনা
মুজা নংদি লৈবেদো।" হায়না কৌই থবাইনা
নুরা হকচাং অহুবু মুংভাইখিদে উবদা॥
নুবাই থবাই অহুনা হকচাং হুবু তাংথিবা
নোংবান মতৌ অহুদা কপ্লুরবা মভুংদা
হকচাং অহুবু য়েংনা—নোংবান মাবু অমুকা
কৌরে। "নোংবান কোংয়ানবা! পাংগল শোনবী মুপীবু
পাম্বা মানা লাকচখি। তুগী লমন শিংনবা
লাকএ লৈপাক অপুম্বা। লৈপাক মানা পনবু ওই
কোয়না ভারে নহাক্পা মুপাই লমন শিংলগে,
খুংভা খুংলাই পায়হনা পাম্বা খিরকপহুদি—
মবুং মৌপ্‌া লৈতবী কুঞ্জমালা কৌবিগী
মৌপ্‌া মবুং মপানি। পাম্বা মথুজিন্‌-হুনা

নুম্বা লৈরাংগুমবী ওকশম তোংদম থৎপবু
হুগী লমম খুমহুনা কৈয়েন ময়া অহুদা
নখুংস্থনি লমবুনা খিমবা কৈয়েন ফাবদো
য়েংগে হায়না থবাইনা ঙাইরম্বনি। অসিদা
ওক্তবিদি সুপীনি লৈরাং থিবা চংবদা
শিজবনি চৈথিয়ে। মাহু নত্তে সুজাদো—
মপু য়াথং কিবগী লৌঙাকপদি চৎপমি।
অহিং ইমুং শোইববু কৌব-য়াইরেক তম্বদা,
চিংলুং নোংদাই চন্দুনা লৈকবদা চাবমি।
শামাল-লেংমাম্ববনি, কয়োং খুকুম্-মগনি
ঙাইখোং তোম্বা ইনানি লৌশিং নংনা চেম্মগদি
তাইবং মীদি ওইবগী মাদি শানি থন্দুনা
পুক্লিং লুম্মই নোংবান-ও! কৈ কৈ হায়ুকো, সুজা
লাঙদবদা পাম্বা মানা চাব ওইরবা,
হে নোংবান্ অপামব-ও অতোম শাগৈ লক্তগী
অবাবা সঙ্গী মৈত্তান-ও ঐনা হান্না কৈথা থায়।
তাইবং বাংবা অসিগী লম্বী উবা হান্নম্মে।
নংনা হোয়েল লাকপদা হাওবা য়ুমথুং থংত্রবা
মতমতুদা ঐহাক্না য়ুমথুং চিংগে অপাম্বা
ঐগী ইতুং ইমক-ও! শোইরক্কসু নোংবান-ও।”
হায়রে থবাই মঙানা। কুঞ্জমালাই থবাইবা
তৌরকপা শাপ-সে—ইমুং লিক্লা নদৌঙম
পাইখোরক্লে তাবয়ে নোংবান মাগী মকোক থক
শমজিন উকং মতোন্দা। নোংবান হুম্বা খেঙঙমদে।
নোংবান পাম্বা খিবকই। সুবা ফকচাং অহুনা
তুহৌবদি হুদগী লৌসেল-মুক-তুম্ চৎলগা
কৈয়েন অহু লৈরম্মে, খেংনকুয়ে নোংবাম্না॥

অহিং ইমুং শোইবদা শাবুম ঙাপুম চারুবৈ
তুমদবনা—তুম্মই—মোলাই ক্ষীদি অমনমা
হন্দোকপগী মতৌঙম মরাং মরাঙত্থনা
ইপাকপাক্লা ইশাং-শাংনদি তারহুনা
সজ্রাংননা পাম্বদো। নোংবান মামা উকয়ে ॥
নোংবান মুংঙাই থোকখ্রে।—"শিরে শিরে কৈ শিরে,
নোংবান মপোক কৈদকো! থোইবী হায়বি ইরেম্মা
সিমক্তবু নোংবানগী মরাইবক্তা ইপ্রবোই,
লাইনা লৌবা ঙাম্রেদা।" স্নুম্না নিংই—হায়রকই।
'মপু সনা য়াথংনা ঙা পাংনৌ হায়বিবদা
মোংবান ঐদি য়াখিদে খম্ব-দনা য়াবনি।
কৈ অনি স্নুরমোইরে। অবাংলোমদা লৈ হায়বা
অসি মমা ওইব-তায। হুপী অসিমা মাবু
হৈজ্রাংমা থিল্লবোইয়ে—শিমিন্নবোইরেকো!"
কৈগী মথা অঙৌবা অহু থাংনা শোকপনি
হায়না নিংঙে—নোংবানদো। কৈগী মযা অহুদা
হয়িংখোংয়ানবী ময়াম চংইবহুম্মু উরকই।
"ইহে কৈসি পুম্মেন' মনম নম্মে।" খল্লকই।
মীওইবগী হৌনবা মাগী মতম লাকপদা
ওল্ল-তৈন-কৌয়বা লাইথুং হুবু শিনবা
খোয়ুম মাদি থুংঙরে—লেপগ্রে নোংবান মনাক্তা॥
নোংবান অমুক খল্লকই—"অশিবা পাম্বা নং-মে,
ইচিন্না হৌ-হায়হুনা খোংগে হুগা ঙা শিনা
থিনগে 'শিবা নংঙোন্দা, পুনগে মখোং মরিসি
হুগা স্নুম্মা থনমগে। মমা অহু কান্দা
খম্নদা ঙা পাংউগে। মাহুদা মানা হায়নি—
কৈ ঐনা কারে থোইবী মাম্বা লৌগনি হায়নি

কৈ মপী অঙ্গুবুনা কৎলরনি খম্বনা।
অশিবা পাম্বা নংবু চৎকে পুন্থনা ঐন্না,
ইতাওগী তাস্থ পাংবা তোপ্না অমগা মগ্মবা,
সিমদি ঐনা কাবা কৈ-সি অমগা মক্তেক
তারে শোইদ্রে ঙ্গদি থোইবী ঐনা মরোরে।
স্থম্না নোংবান স্থংঙাইখ্রে। থোইবী মাগী দমক্তা
নোংবান শং-শল-খল্লকই -"আহা—হাই হাই স্থংঙাইদা।
ঐদি ইকাইখিদ্রেদা থোইবী নংগী দমক্তা!
ঙবাংখাংবা মহাক্তা কুথী লৈশোক পুংদ্রুদা
ইতৈ ইতৈ কৌবমই। ঙ্গদে ঐবু অমুক্কা
পামদে পামদে হায়দুনা চংখ্রে খম্বা লমজাবু
পামই পামই হায়দুনা খম্বই স্থমদা চংখরে।
মানা লৈথিবসিদি অহিং অনিতা ঙাইরি।
ঙসি খম্বে যুমদগী মশম লাক্তুনা চিংবা,
পামদে পামদে হায়দুনা লাকদোরি ঐগীদা।
পামদে পামদে চৎখিবী- ইয়ুম কেগে লোক্তাকী
পোইরৈ থংবা মাইকৈদা উথুম্বা তুম্ তুম্ হায়বা
মোইরাং উথুম থোংউবা পোইরৈ বোমগী উচেক্লা,
মোইরাং নংনা কন্নিগী মৈতৈ ঐগী লমদমদা
ইকাইদরা থোংবিস্থ চৎপিখরো হায়দুনা
ভাম্বোয়কপা উথুম্বা—ইয়ুম মোইরাং মায়কৈদা
ইকাই ইকাই লাকপঙম- পামদ্রে পামদে লাক্-অসি।"
নোংবান অসি হায়রমই। খিনদে নোংবান অশাম্বা
হাকথং তাদি তারোম-তা থুহুম চেৎনা পায়খবে
খুবাক প্রোক প্রোক খুরমই। কৈ থিল্লগে হায়দুনা
মখোং ত্রং ত্রং থিল্লক্রে। পাম্ব ভুম্বিঙৈসিদা
মালেম পৃথি লেংউরে। য়াকৈরগুম্ব থোকউরে,

পাম্ব মাগী মকমদা। মীকপ কোংদি থোকখরে।
পাম্বা মম্বিং পাংথোরকপা কৈনী মম্লাং চুদা,
নোংবান-চাওখোক লেপ্লম্বা কৈনা নোংবান মূর্ত্তিবু
উরকপদা—কৈ অদো ওক্তক ত্তৌই নোংবানবু
চিংশা মাপোম নদৌওম উবে পাম্বা মম্বিংতা॥
অফিং অকাই শুইত্নুনা কৈনা হৌ হায়রত্নুনা
পাম্বা খুক হেক হৌগংলি। পম্নুং অত্নু নিকখরে।
নোংবান কোকচাওবী ফুং-কায়। পাংলবগী নংখিদে
কৈগী মওং অত্নুনা অত্তৈনখননি॥
"কৈসি নত্তে কৈতংখি—অচ্চা নহাদে" হায়খি
নোংবানস্থু অখংবগা লোইননা। তাগ্রে লোইন
নোংবান-পাম্বা অকিগী থেংনবগী খোক্ষমসে॥
মতাংসিংদা নিংথৌনা—"মথা চংপা কনানো ?"
লৈপাক্লা অমাং—খম্বা, খাদা চংপা নোংবান্না
থেংনবা তারে কৈদি।—মানি মানি।" লাওখরে॥
সনা চিন-থোক্লা লাওরকই—"তয়ুম অনি হায়রস্থু
শমজি থাইনরগস্থু চংসিল্লরে। অনিমক।
খুবম চোংইনরগস্থু মিংকম চেংনা,—ওকস্থু।"
সনা য়াথং ত্তৌবদা খম্বা নোংব'ন লৈমাক তাই।
কৈনা মখোন তাগ্রিঙৈ সনা পুক্লিং অম ওট
কৈখোন তারকপসিদা নিংথৌ পুক্লিং বায়কই।
লৈপাক কয়া মাংকদি নিংথৌ কয়াম্না বানদে।
লৈপাক মৈওম তাম্নবা মনাই মাবু খাংবনা
লুনা থমৈ। অতুগী থোইরাং নিংথৌ লাংতক্লৈ।
"তয়ুম অনি পুনচেন শেপ্পরগস্থু থোত্তোন ত্তৌ"
হায়ত্নুনা 'মুকা হুম্না লাওরকই॥ খম্বদো—
নোংবান কৈ থেংনবমি তারে। "ছি অত্নুদি ঐ

শৈথোকপা য়াদবে লুম্। মপু শনা য়াথংসু
কাইদনবা অদুগা ইত্তাও মাগী উপায়সু
ওইননবা চৎলগে, ইত্তাওগী তা-পাংউগে।"
হায়না পুকচেল ভিংথদি খম্বা খোংকাপ থারককই।
ইচম চম্বই নোংয়াইদো ঐনা কৈসি কারগা
থোইবী লৌগে হায়বগী মকারগেসু খন্দে,
পাম্বা অসি কারোই অশোক-অপন্-থোকনি
পাম্বা মাবু মকিবে—হায়বগীসু খল্লুদে।
খম্বা মাগী পোকপদে অহিং সুংথিল অনিদা
মিকুপ খোংথাং খুদিংগী থঞ্জবদি—নুরা
ইচেম লাইরবী মাগী লমম অসিবু কদৌৈ
শিংলসিবা অসিত্তা থাখম্নি খম্বা মাগী॥
নোংবান মত্তাও অদুবু পাম্বা মাগা থেংনরে
শোইদ ভামদ ওইসমু কৈরেল লেপ্প-ফাসমু।-
খল্লি খম্বা মবুক্তা। মথা পাংনা কুমমকই॥
নোংয়াই মানা লাকপনা লৌ পন্নি অমরোমগী
মমুং থাংলিউভদা মত্তাও নাক্তা য়োদৌবা।
কুঞ্জমালাগী তুফম্ থেংনরুরে খম্বনা।
লাংনা উন্না কয়াদা ঈ তৈবদু উরকই।
কৈনা সেগাইরম্বদি নুরা মাগী, মথাং-চেৎ
মনমদা ইঞ্জরম্বা, শমদোং শমদোং তারম্বা
থেংনৈ পুন্নমক অসি। "হি কৈনা শোকপী ইচেম,
লাইবকথিবী মহাক্কী চয়ৈ শল্লাং ওইরবোই।
মল্লেদকো কনেঙ্গে ইরফীনা মল্লিবা,
নুরা নংগী শল্লাংসে পাম্বা মানা কুক্তোকপোই।
নুজা পাংগল ওইবগী থাখরনিদকো।"
খুমন অসি খম্মুনা মিংতা পিবু তারকই॥

"মুজা ওইবী নহাক্কী হৈনা তুংইন্‌বিমবা
মোঙ্গ নক থিবিবা লৈখিত্রবোই কনাম্ন।
নুরা ভোন্‌খরবোইদা লমজা ওইরবোইরেকো।
খুমন ইচিন ইপ্‌গুম॥" খল্লুহনা হাখরে।
অরাবগী মথক্তা অবাবদা ওইখরে।
অক্কুম অমুক য়েংবদা, নুরা হকচাং অহুনা
লিক্লাং চোয়না ভাবখা উরে লমজা মমিৎতা।
লমজা মুগী অহুগী মতৌ অহু উবদা
প্রলয় হায়বা মতমদা খুৎতা ত্রিশূল পায়রবা
মহাদেব অহুবু খুমন মানা ওইখরে॥
খম্বা মখোং থাংদোকপা ওমমকতরে মতমদা—
"করে অহু মঙাইবে, করি দোষদগীনো,
ইচেম শকপী নহাকপু নোংদম্বিবা মানরা,
হুম্দোক্লুনা ঐসিনা নংবু করম্ চংসিগে!—
নিপানিদনা মাম্ন থোকপা তৌরমখিসনু।
খম্বা হায়বা ঐসিগী শোকহৈ-শোকহৈদববু
খিজরবোই ঐহাক্লা মঙ্গল ওইত্রে ভোকপ্রগে
হরি মাগী কৃপানি। নংগী চাইথোকইবসি
লোইসিনখিগে ঐহাক্লা॥" হায়না নোংয়াই লেপখরে।
চাইথোকইবা কী, শম্লাং, ঈ তৈরিবা নাপীনে
উশা উনাদা পকপা পুন্নমকসি খবনা
মখুৎনা লোইনা কোইরে, উনা উশা থেকখরে।
খুৎনা য়াবনা খুৎনা খুৎতা পায়বা তাদোল্লা
খং-খং খংলি পুন্সিরে। অমোনবা লৈপাক য়েংহুনা
নোংয়াই তা-না তৌথোকই। কোম্-হুদা লৈরোন্-চরে।
খুদোং চাদবা নুরা মচেম হুগী হকচাংনা
অচৌবদি মখৈদি উগী উগা মখৈনা

মতম খরগী দমক থুমজিল্লম্মে খম্বনা ॥
মথুংমশা শেংদোক্লে, লাইজ খর প্রিহুনা ।।
নোংয়াই মবুক অহৎদা—নূরা পাংগল শোনবীবু
লাংকচখিবা, নুপীচা ওইবী অশোনবী নিনা
কিগন্‌বী থমোই ওইবা—মচেম লেংমান্নবী
নূরা মানা বাপ্রিদোখা সিবু খল্লুবদা
খম্বা লৈবা মাখিদ্রে ॥ খোইরেনতাকী কৈ অদো
অম্মক চাওই হায়বম্মু নোংয়াই উহৌরবনি।
খংবা উনা কৈদুবু তুমিং ওইনা খনখরে
"থুবাক অনি ফুহুনা হাংকে কাং হাংপগুম্না।"
খম্বা অম্মুম খনখরে—মথুং অনি লোম্নরে।
লৈরোল চল্লিবহুদা ওন্নিন্দুনা খম্বনা
হিক্লা কপই মপি তাই—"পলেম ইচেম লাইরবী!
নূরা নংগী য়ুম্নাক্তি, খোংয়াংজম্-চম্মু-নি হায়।
ইচেম-শিদ কোলোইনা কুপ্প-মালা কোই-হায়।
ঐদি পাংগল লৈজদে অহুমকপু ইমা-ও
কোরৌ মতম অহুদা খেংনজহৌদ্রে ঐনা।
নংগী সেগা খরদং তৌজরিবা অসিনা
লমন শিংলে হায়নদি লৌবিয়ুকো ইচেম্না।
কোত্তৌ থক্তে ইমানা পিনবিয়ু নৌপাবু
কিবা-থুকপা লৈতবা ইতাও তেংবাংজবদা ;
হোরেন পাম্না অহুনা পাংজদবা ঐভোন্দা
থৈরক্লবা মতমদা পাঙ্গল লৌশিং পিবিয়ু।—
খোইরেন-তাকী লাইও দা থৌরৈ তেংবাংবিনোকো!
নূরা ইচেম্-ইবেম্মা মুজা ওইবী মহাকী
করোং থুকুমজগেকো পাম্বা মাগী কাহু-দা।
পাংগল সোনবী নূরানি পাম্বা লাকচখিবদি,

থোয়রম ময়াম চংহুনা পাম্বা খুহুন জনবিরু।"
হায়না খম্বা কপ্পকই। মচেম মতম গুম্বিনি
কুঞ্জমালা কৌয়াইএ থম্লু্ম্বা বাখবে॥
নুংাই খরাই মতানা উবে খৈবে মকৌসি।
পেল্লে, নৈচিন খরদং কপ্পে থোমজিল্লহুনা
জীব মতা অসিনা গোলুক লোমদা চল্লুনা
হরি মাবু কৌরক্লে—"থোজানবী মপু-গুইবা
পিনহৈবা নংদি হায়, গুদি ইহু-নিংথৌনা
মচেম পাংজদবিবু লাকচখিবা পাম্বনা,
হুগী লমন শিংজগে নিজবিদো ইবুংঙো!
ঐদি কৈথা থারবী তোল্লবিদি ঐহাক্লা
বোর অসি পিবদি ইতিক চাত্রে। হব্রিনা
পিসবিয়ো বোব-সে।" হায়না মিরে হুব্রিদা।
অতুদগী খম্বদা ওন্সিনক্লে—"ইবুংঙো!
লমজা নচেম ঐহাক্তি লাগুরুদে পাম্বদা
শাগ্রেম লাংগ্রেম্মরুদে লাজদবি নচেমনি
লান্দানা পাম্বা মানা চাবমক্তা ওইরবা—
ইহু নিংথৌ ইবুংঙো ধর্ম্ম কায়দবা, মংগী
ধর্ম্ম অহু মক্তনা নোংয়াই পাংগল ওইজবা,
পাম্বা মাগী লমচৎনা পাম্বা মথোং য়েংলবা;
মাগী লাংদি ওইসনু। নুমা মচেম অশোনবী
সুজা জাতি ওইবগী কবি চমজদরবী
মাবু লাকচখিবগী লমন শিংবা চমজবা,
থুমন মংগী মথুৎতা পাম্বা—য়াইবী মাংবনু
ওইরসমুনে খম্বা! পিনসমু হব্রিজা॥
নোংয়াই চিংনরগঙ্গ নোংবান হায়বা নতাগুসে,
গুদি কৌবা কোয়োদা লোইরগনি থংউকো।

নংগী খুত্তে তা-অদো অচম্বম্ত তা-মত্তে।
হোয়েন নংমা পাম্বদো ফাবা মতমদা ইচেম,
তাগী মতোন অহুদা তোংজগেকো ইবুংঙো।
কৈরেন অহু খিন্‌বদা, ইচেম য়াওজগে খম্বা।
ইহু নিংথৌ 'জুংদা মচেম্ন লাকচখিবগী,
ইচেমগী মাংদা নংনা নমন অহু শিংজম্নো॥
নিংথৌ মচা মুগীদো লেম্ন-লৈপুল্‌-ওইজৌকো॥
হায়না বোর পিনরে কুঞ্জ-মালাই থরাইনা।
বোর অসি খম্বগী নরাই কোয়রেন থক তুদা
লিক্লা নোংকেন ওইহুনা মঙ্গোল লাইজ তাররে॥
বোর অহু ফংবদা খুমন মাগী মবুকতো
ইয়িং য়িংই ফিংগৎত্তে। খুমন মামা হায়রকই—
"ইচেম শকপী ইরেম্মা নহু--নিংথৌ ঐহাকপু
বারৌখিম্ন শাওখিম্ন। পাম্বা থিগে হায়না
নিংথৌ সনা যাথংনি। মঙ্গোল ওইগে ইচেম্মল!
নুরা ওইবী লৈরমথো। লৈরাং মচেৎ ওইহুনা
তারবদি ইচেমগী হকচাং অহু ঐহাক্লা
হংগোইজবা লৈজনা পুথোক্লুনা নহাক্কী
নথৌ নঙম তোগেকো বারৌখিম্ন ইরেম্মা॥"
হায়রমহুনা খম্বদো মখোং থাংদোকচরক্লে।
মতাও মনাক য়োদোবা লৌথাই মুক্তা মঙাইরে।
খুমন মামা—"হো-ইতাও! বুদ্ধি লৌশিং ওকপিম্ন,
সনা য়াথং ইন্দুনা ইতাও নত্তেং পাংজগে,
তা-বাংগে ঐ লাকচরে। পাথৌ নোংবান হনগনো।
ইতাও 'বুংঙো ঐ লাকএ।" লাওরকই; নোংবান তারে॥
খম্বে থোক্কম তাবদা নোংবান—"মাঙেও কয়ো,
লাকএনা পাপী অমে! 'ঐনা তা পাংলকপনি,

ইতাও নোংবান মাতনা কাব মক্তে হায়রনি। বিচারদি লোইররোই। ফক্রবা চাওব-খোংলেন সিনা চক্লি হাপ্তুনা মজাইবেম্মা খোইবীদি বিচার লোইত্রিমথে লৈবা মাগী মমুমদা। চহি কয়া বিচার লোইরোই, খোইবী ফংদরে। চহি মরিফু মুবদা ময়াং কোরগদি, মণ্ডপ-লোৗগদবদা মঙাই খোইবী। কাম্নদে, মানা থুংঙত্রিঙৈদা কাহৌরগে পাম্বসি" খল্লে নোংবান।' তায়োন-তা সব ইন্সিল্লক্লে কৈদা ভাজা সিদা পাম্ব-না, খম্বা মখোন ভাবদা— "হিঃ লাকএ কয়ল্লো-বৈষ্ণব অসি লাক-অবোইনা! কনথিবনা হাল্লনি। মানা থুংত্রিঙৈসিদা, চাহৌরগে নোংবান-সি শোইব-তারে" হায়ত্নুনা, পাম্ব-তকুপ তয়েংমুনা পোকপা কৈরেন সপ্ত সোরাবগী মচা নিপা, পাম্ব কৈরেন্দি য়াংনা খোৗবা মহাক্লি, পা ১ খুৎনা শোয়রগা, কৈরেন্-য়ানা হৈবা শা, কৈরেন য়ানা শোয়রগা পাম্বা খুৎনা হৈব-কৈ,—ইন্সিল্লকপা নোংবানগী তা-দো পাম্বা মখুৎনা, খৎ-খৎতোকই, লৈপাক্লা, লৈপুংদা ফীরান য়ুং গুম য়ুংঙে—ভাগ্রে তা-অদো। নোংবান্না—"পাম্ব-সিদি হৈগ্রেদা হৈজৌ নংনা কৈদৌনি খৎতোকচৌ হাই! রাৎপা মীরা ঐরবো," হায়রে। নোংবান অমুক্তা খুত্নুম চেৎনা পায়খরে, হাকথং তা-দো পাম্বদা অয়ৈ মথে থাহ্নুনা মথা চিক্তুনা সর হেক ইন্সিল্খরে কোংয়ানবা। পাম্ব মাগী মখুৎতো অথুবা নোংথাং-গুমই। অকন্বমু লোংথাংগা লোইনরবা বক্সনি।

কৈরেন মখুৎ অহূনা তা-দো তাপ হেক্তা য়ৈথে।
মোংবান কিংই মুমিংতো খিল্লে তাদো লৈপাক্তা।
নোংবান মখুৎ নাম্মোকই। তা-দো লৈপাক্তা তাগ্রে।
পাম্ব-মাংদা কোংয়ানবা, চপ-লেপই মশা ঙাক্তা।
খোদ কন্দবা নত্তে মৈগুম্বা অঙোম মচা,
মোইরাং নোংবান মহাকবি তম্নকম্বি ক্ষেত্রিগী।
নোংবান কিত্রা কিখিদে, নোংবান ফাক্-ফাক নোকথোকই।
নোংবান পাম্ব য়েংহূনা—"নংগুম্বগী অহূনা
কৈদৌরনি নোংবান্দা খুহুম-দনা থাহূনা
হাংকে নকোক য়ৈথাইগে থাংউ ঙসি খংগনি।"
হায়রে, নোংবান অপানবা তুবুম অমা নিকপিদে।
মোংবান চয়ৈ তাখংলে, খুংলাই য়াওগ্র-য়াওগ্রগা
মোংবান থোইনা খোয়ক্লে খম্বা য়োরকত্রিঙৈদা;
পাম্ব-সি-মক্তা ফারগে ঙসিদি নমহূনা,
হায়না ফীহুপ শেম্মক্লে। কৈনা "হি নোংবান-সিদি
চোংসিল্লকদৌরেনা" খল্লে। মতম সি-মক্তা
খম্বা ফোং শাওদোরক্লে। খম্বনা—"মাডেঙ! হাই হাই!
ইতাও খুংলাই থারেমা! শোকপা তারে করম্নো।"
হায়না তাংখক লৈতনা চেন্সিল্লক্লে নোংবান্দা।
হাকথং তা-হূ খম্বদি থোঙহূনা লেংবান্দা
তাজিল লোংনা পুরবই—খম্বা মাহু কাওথোকউই।
ওইগী তাদি মুক্লা পুই। হম্না য়েংদে নোংবান্দি।
খম্বা উবদা কৈদি খল্লে—"বৈষ্ণব লাকএনা!
কনখিবনা হাল্লনি।" হায়না পাম্ব মহাক্তি
খুমাং খুহুং মরিনা মালেম লৈদা কাওরমই।
লাংদোন-সরি সংগমগী মতোল লাম্না চোংখয়ে।
কৈগী মতৌ উবদা—"ইতাও পাম্ব চোংখরে,

জীবন তাওনু।" হায়দুনা চেক্লিন্নরে খম্বদো,
থোংকম য়াংনা অমুকা। পাম্ব-কৈনা সুন্দরী,
নোংবান মকোক তমদুনা বয়া কানা তারকই।
"মাঙেও উম্‌খিগদোরে" হায়বা চেক্লোং ওইনম্নি
চোংসিন্‌বনা হানখরে—ওইদা পায়বা তা-অদু,
থাদোক্লনা থগ্ননা নোংবান নামে—লামখরে।
নোংবান চিংথোকখিবগা পাম্ব হুক্লিনকপগা
চপমান্নে, সুন্দা লাকপা পাম্ব সাহুন-কমদুদা
লোংনা পুবা খম্বগী তাদোনদুনা মতোমদা
তারে; তাদোন অদুনা থেংউবদা কৈরেন্দো,
সুন্দে অমুক থৈখরে। চোংথোকপ্রে অমরোমদা॥
অসুম তৌনা নোংবানবু নোংয়াই মানা কহ্লোরে॥
থুমন মানা—"ইতাওবু! কৈদো' থুংলাই থাবগে!
শিরমগনি ওসিদি, ইমাই পেম্মা ইতাওনে!"
হয়াওদুনা নোংবান্দা হয়াও হয়াও হায়রকই।
ওন্থোকপনি! হুমী পাক-চাওবা ঈপাক থক্তা
অমুতগী পিরবা মরিক মচা অমতং
কামদনা তারুবা থোক্লে থোদো অদুমা।
নোংবান মখিং সুক্তুনা য়েংই—"হাই খম্বা হায়বা!
নমজা পিতৎ-পাতৎপা! ইকাইদবা নমায়দো
ঐনা থেংনজরবা মসিন্‌ কল্লি-নৈ!
নপাংগন্‌ লৈজরগা কাজোদনা হাই—নংসো!
চংনা কারগা কৈসি হান্না কংকে থাংজিংদা!
হুগা নিংথোদা কংকে তৌজরগা কল্লিগী
কৈ তাম্থোকই নংনা! হাই লাইরবা নমজা মচা
পা-নাইদবগী মচা পু-নাইদবগী মম্না।"
হায়রা চৈরে খম্ববু তৌঙমদবা নোংথোন্না।

খম্বা, স্বাই তিং-তিং হেক লাওই, ইওক্-হেক ঙকই—"হিঃ!
করি নোংবান্ কোংয়ানবা! নিংবম্না নং—'কাইদবা!
কৈগী ময়াদা তারে, খুংলাইস্তু য়াওরমদরে।
নখয়াইদো মাংলবা নৎত্রা হাই? করি হায়রে!
সনা য়াথং তা-বাংউ হায়বগী ঐদি চুন্না
তাবাংগে হান্না নংগী লাকপদনি অতুগা—
করি হায়ে কোংয়ানবা! খুল্লক ইরক ওইবদা
পুংহান্ন হায়নবগীনা অমনি-হাই, মাসিদি—
খংত্রা-হাই! শাকম লাক্ষম হায়বতুনি, কাওরন্না!
পিবন-পাবন্ ঙাংবদি খাংউ ঙসি খংগনি।"
হায়তুনা খম্বদো—শম্ব য়াদবা মুং-শুম্বা,
মমা নৈমা লোন-খোক নোংয়াই মাগী খুৎস্থু-তা,
হাইথরক্লে নোংবানগী মকোক তম্না সুন্দগী।
অচম্বা তা নত্ত-বৈ তাখোক অতু ঙ-ঙঙ ক্লে।
তাজিন্ মৈরিক কাপ্পক-এ! নোংবান তাতু য়েঙঙকই।—
"হি তাসি কৈদগীনো! শুল ্লদা, খম্বগীদি
পাংগন অসিগা তাগা মান্নবেনা অসিদে!"
খল্লে নোংবান মতমদো। ছুং-ছুং-য়ুং-মুং হায়তুনা
হাইথরকপা অতুদা অঙোম মাগী চমত্রবা
পাংশ্রিক কৌবা তাতুবু, নোংবান মাগী মখুৎ-স্থু,
নোংবান সৎ হাইগৎপ্রে॥ নোংবান লবাই মপাদা
শোকদোবা লম্-অতু খুবোম 'মতা ঙাইব-দৈ
ঙাকখ্রে কেরেক-লাওতুনা। তাখোক অনি থেংনবা
মৈখু হোৌই, তুদগী তা অনি চিক্লবদা,
কেরেক হায়বা অতুগা মতম চপহেক মান্ননা,
কাপ্লেল অমা শাংনদি মৈ হোৌই নো থাংওম্না।
নৈপাক প্রজা পুম্বনা—ঙৈক্ল "হিঃ হিঃ করিনো!

নোংথাং কুপই করম্মো—নোংমংদে নোংখাকইবা।
অম্মুম হায়নৈ গুরুরে। সোমদা নোংবান অপাম্বা,
মঙক থুপ্পুনা থোংফম শেম্মহনা ঙাকপদৈ,
তাহু তাখরবদা লেপই ফন্ চোংথোক্লুবা।—
"হি করিনো ইভাওবু! শাওসিন্নরগা নংদি
শাওরবোইরে খম্বা!" হায়রে নোংবান হমাং কায়।
"ঐনা ঙাকথোকলমম্রদি শিরম্মোইগ্রা।" হায়রকই।
খম্বা মানা -'ইভাওবু করি ৱানো। কাগিবু—
অম্মুম তৌব-হৌনত্রা! ঐদি য়ানিংদে নোংবান!
য়ৌনরনি স্নামাংদা।" হায়রে খম্বা য়াখিদ্রে।
মথুং নাম-শাম্মনা তা-অনি অনি পায়রে।
মথুং ওইদা নোংবানগী খম্বা য়েংনা পায়হনা
পাবোং সন্গুম অনিদো, মপু সনা ৱাংহুদা
অঙাং অনি থোরক্লে। "কৈগী মখোল ঐখোল-স্নু
তারম্ববু তাখিদ্রে, তুমিন্ তুমিন্ লৈনখি।
করিননো? ইদাইরেম্-খম্বা-নোংবাম অনিবু
অমতম্নু নংতনা শোইরৱরা করিনো!"
হায়না মোইবাং নিংথৌনা সনা য়াথং তৌরকই।
অৱাংবদা তোংইবা—লাওই ময়াম অমনা—
"শোইদে ননাই অনিদি, নারেংইবা অসিনি।
খুংসম্নহনা অনি থোক্লকই, শক-উদোরে॥"
হায়নরকই। "করিনো, পাম্বা কার-বনরা।—
নত্রে কৈদি য়াওরক্লে।" লাওনরকই অম্মুমা।
হায়নরিঙৈমক্তদা নিংথৌ হুইথোং হুদগী
লিংথোরক্লে অনিদো। অনি নিংথৌ খুরুম্মি॥

# ১৫

# অনি খংনদুনা পন্নুংদগী থোরকপা

মপু সনা য়াথং-দু— "তমুম অনি করিনো?
পরম-খুরৌ চেনবদি লৈরবগে কয়ম্বা?"
হংবিরকই অনিদা। কৈরেন মাওম থোরকই
নোংবান তঙোং চোংথোকই "ঐবু লোইবা ইনিংথৌ!
নুংঙাইতরে ননাই ঐ।" হান্না খুমই নোংবান্না।
সনা য়াথং—"করিনো, নোংবান কৈদৌরবগে?"
হংবিরকই মপুনা। "অজ্ঞা ননাই নোংবান্না
হান্না থেংনৈ কৈ অসি। কৈ অসিগী মকোক্তা
নোংবান ঐগী তাথোক্না ফুরে মঙাবক হম্না;
মতম সিদা কৈ অসি য়াম্না শোল্লে ইনিংথৌ!
পাম্ব-চংনা অহানবা কংকে চিংউ থাংজিংদা,
দুদৈ মপু চোরোন্দা অমুক কংকে খঞ্জরুই॥
কৈগী মখোং মরিসি পুন্সিঙ্গুগে হায়দুনা
হাওনা ফোইজে, অম্নুনা হোৎনরিঙৈ সিদা,
ননাই ইতাও লাক্লগা তাম্থোকপিররে কে-সি।
থোদৌ অসিদা ঐখোই-অনি নিংঙাই তৌনরে।
ননাই ইতাওদি য়াদে—ননাই ঐনা 'চৎলসি,
সনা চোরোন য়ৌননি' হায়না ইতাও কাহনা
পুরকইবা অসিনি।" হায়না নোংবাম হংগৎলে।
ইন্দ্রি-নুংদা খম্ব-দো মৈ হোরে, পিস্তুম লৈরে।
মোমোম নোকই। খম্বগী মিহুন্-অপূম্বা হৌখরে,
মাগী মাগী মকমদা ফ্রং-ফ্রং চোংই। খম্বনা—
"হায়খিসম্নু শাওখিরোই, লমজা লমচং নাইদেদি

হায়রগনি ঐহাকপু। খুনন ইপা ইপুশী
গুন-বু য়েংবা, ভাক্তবা য়াদে।" অন্থম খম্বুনা
মপু সনা মাংহৃদা খুরু খুদক কুন্দুনা
অশাওবহ্ন ফাহনা খাংই ভাইরে বা অসি।
মপু সনা য়াথংনা যুবরাজনচিংবা,
লৈপাক পুবা অঙম্বা অতৈ পুম্বা কৌশিল্লে।
লৈপাক কোয়রে নোংবাম্না—অসাই বাহু অমুকা
ভশে নৌনা লৈপাক্তা। 'তৌরিগনি' অস্থম্না
নিংই যুবরাজদি। মপু সনা য়াথংনা—
"তারবরা লৈপাকপু ?—ননাই ঐখোয় তাজরে।"
হায়খরে অস্থম্না। থোংলেন্দদি চংলক্তে।
কৈরোইজাবদা থোংলেন, হংদোকই কৌখোক্তুনা।
নোংবাম মপাও তাবদা মীনম্মে হায়বা অসি
খঙেও থোংলেন অখৌবা। থোংলেম মখা চিকখরে.
মাকন্দগী থাং শংলে; কুরিং খুদাং তাখংলি।
ময়া খাংই থাং অদো থোংলেন মখুৎ খুদাংদা।
লেপই খল্লি থোংলেনবা—"তৌখিসন্থ-য়েংখিগে,
নোংবান মানা চুমইদা· হায়রকসন্থ খংগনি।
পম-অসি য়ান্ খায়হৃনা তাম্মোকখিগে কৈ অসি
কারমোই, মজাই 'বেম্মা কনানো লৌরসন্থ
থোংলেন ইখুবাক্তগী" স্থম্না থোংলেন লৈখরে।
ময়াম সিনা কনাম্থ থোংলেন, কৈদৌরে হায়না,
ওম্ব-লৈব্রে হংনবা॥ মত্তৌ অসি উবদা
খংনৈ বাখল অমদি—তৌরে হায়বা উনরে।
লৈপাক্না "ননাই 'খোইদি সনা বুদ্ধিনা তাবা
স্থম্না থোকই তাকপিবা য়ানিংই মাহুতবু।"
হায়না লাওনৈ; মতমদু খম্বা, মপু য়াথংম্বা

হংবিরকপা হায়রুনা লৈরিস্নুম্না ভাইদুনা ॥
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা নোংয়াই মমাক য়েংদুনা—
"হাই! করিনো মাক্লোরেল! থম্বা করি কিবগে
কনা লৈতে খন্দুনা চিংনরবোইনা খংদে!
মপু সনা চোরোন্দা পাও তম্বদা, নোংয়াই!
নপা লৈরি উদরা, করি ভৌগদগেদি
খন্দুনা নপা থোংলেন লাক্তবনি অসিদা,
কৌদবনি ইকুনা! কবিগী কৈ তাম্নোকউই!
নংবু নতাও নোংবাম্বা, পম্বুংদগী অসিদা,
পুরকই হায়রি কাদুনা! হায় হায় তাসি,
চুম্বরনে?" হংলকই লৈপাক মমাং অসিদা।
মোইরাং নিংথৌ মপুম্বু থুমন মরা অচুদি,
ইথৌলাংবা চেক্লাওম ভাইবিরমই মতমসি।
লৈপাক তিন্‌ব-মথেম্বু অরাম্‌-চাক-ভাইবগুমই ॥
মপু সনা য়াথংম্বু "হায় থম্বা চুম্বরা?"
হংবিরকই। থম্বনা—"মনাই ঐবু ইথক্তা
রাকৎপগুম ইতাওনা লাওরি সনা চোরোন্দা।
লৈপাক প্রজা তিনবদা রাংগোন নিংথৌ কম্বদি,
লৈপাক ভম্বা অওম্বা অসুক যাম্বা মাংসিদা।
খ্বাইবু কিজবদগী হংবিরকত্রি হায়দুনা
হংগৎচিন্নি ননাই ঐ।" হাবম্বা থুমই, নিংথিজৈ।
"কজৈ কজৈ" হায়দুনা লৈপাক রাবা লাওখরে।
খবৈ থোগল-লোন সিদা মন্নাম পুম্পেন পেম্বরে।
অতোম্‌ মথৈনা লাওই—"কবি ফজরুগনি,
তাম্নোকলমগনি কৈসি" হায়। চাওবনা—"হায় কমি!
অতোম মচা শিগেরা, কম্বি নশিল্‌-লৈদুনা!
নথোয়রতরা অতোমবো ঐদি অতোম নংতরা!

ৱাগী ৱাগী মহায়নৌ ইচা-মীচা করি-নাই।”
লাওই; অঙোম নিংথৌনা—“করি ৱাবো! হায়দনা!
তৌবৈ তৌই হায়বনি, তৌদনবু হায়গত্রা!—
করম থংই অত্তুদে? খম্ব’ কৈ তাম্ত্থোকপসি
অঙোম নিংথৌ উবরা, পম্ব্‌ং চংবা য়াওরুত্রা?”
হায়না খুমই চাওবনা। মীচং ইথাই নাইদানা,
মীচং অনি লেপ্তুনা থংনৈ অম্মুম লাওনবে॥
মপু সনা ৱাথংদি—“ভাবোক থংনবিগন্নু।
ইচা মীচা নাইনবা য়াবা বিচার নত্তে।
শাস্তি লাবগী মফমনি।” হুয়া হায়না খামজিল্লি॥
লৈপাক মীয়াম ওইবগী কারকপদি অংথোৎপা,
ৱাগী মফোন অত্তুবু মপু সনা য়াথংনা
মালং থোংলৈ ওইত্তুনা হুমদোয়কই। লৈনরে
ময়াম তুমিন-তুমিন্না। মপু সনা যাথংদি—
“ঐনি ’পংবা হায়ববু, অমৈ মরা তাদরি,
অমগীদা মতারি—তম্বুম-খম্বা নহাক্তি,
অথৌবগী মচানি চুন্না হায়্ম! চুবরা?”
হায়না হঙেঙ খম্বদা। খম্বা কুক-হেক হৌগংলি,
মপু সনা মাংত্তুদা ভকুপ ভরাং তৌত্তুনা,
লম অমা হেক চংশিল্লি, থগাই অমা হন্দোকই।
খুরু খুদক কুনজরে, মখুং অনি লোয়রে।—
“সনা চোরোন কিবদৈ, পাকহেক নমাই ঐহাকপু,
ননাই লমজা ওইবগা, থৌগল লোন্দা কায়গত্রা
থজ্জবদৈ ননাই ঐ হংগৎলিংবা হংগৎপা
ঙম্মুদরে ইনিংথৌ! মপু সনা য়াথংবু
লমজা কোক্তা থোংত্তুনা নমাই হংগচ্ছগনি।”
হুয়া খুমই খম্বনা॥ লৈপাক তিনবা অপুম্বা

মপ্ সনা পুক্নিংমু - ওলাং থাগী হকচাংদা
লৈরাং মনম পুরবা চন্দোল লাইজ খিকপগুম,
ইংবৈ লোইনা পেন্নগ্রে। থাগৎনরে নমজাবু—
"ফজদরা য়েংউ হাই! কাদম ওইনা খমজিজো,
লাল্লবমু চোপ্তবা বাভাং পাওদম্ অসিবু।
লাল্লবমু হৌনদে মুম্বা নিপা অসিনা।"
অসুম হায়না বারকনৈ। নিংথিজরে খবদো॥
মুম্না খিংতা ভাংনবা সিদা লৈপাক ওইবনা
অচুক চাওবা থোইবেন্তাক্তো নিল্লে ভরং লাওনা॥
লৈপাক ভাহাক্তা' হায়না চুমু থামই নিংথোনা।
খম্বনা—"ননাই নোংবান ইভাওনা কৈ থেংনরে।
সনা য়াথং চেক্সিন্ন তাকপিরকপা য়াথংসি,
ননাই খম্বা ভাবৈ। অচুনগী হিদাক ভাম্বক
অমা অনি লৈরগা ইভাওগী নাক্ত থুংজে।
ইভাও থুংলাই থারম্মে। লৈরম্মে, তা য়ুংচুনা
কৈগী নাক্তা লৈপাক্তা। ঐগী ইশক উবদা,
চোংগ্রে কৈসি। মাংবা ভারে হায়চুনা ননাই ঐ
চেক্সিন্দুনা, ইভাওগী নামৈ পায়না চিংথোকই।
চোংশিল্লকপদি কৈনা, ননাই ঐগী ভাদোন্দা
লোংনা লৈরম্বা তানা থিল্লে কৈগী মশাদা।
মতোমতা চোংগ্রে কৈ-সি। পাম্বা মদোম থিজবা
মথিম্নি, মুম্না তৌনৈ। অচুগা ঐবু নোংবাম
ইভাওনা চৈরে, খিনা পিবম্-পাবন্দুনদি।
ননাই মুংভাইরুচুনা তাখোক্লা য়ৈথবদা
ভাকথোকই। মতুংচুদা 'নং শাওরবোইরে, ঐদি
চুম্না কাগি তৌবনি' হায়বি ননাই ঐভোন্দা।
ইপা ইমা পনখিবা সিগী মুংভাইভবনা,

সনা মোংদম অমতং মনাই পামজরম্বনা
ইত্তাও খুজেং পায়ম্বনা পুক্সরকপনি ঐনা।"
হায়রে সনা চোম্বোন্দা। তায়ে বাসি লৈশাল্লা,
বাকম অসি তাবদা থাজে লৈপাক পুম্বনা।
নিংথৌনা—"নোংবান।—অজ্ঞা।—কৈনো হায়রিবসিদে!—
নতাও খম্বা অসিবু ফারকইবরা নংনা,
মানা ফারকইবরা?—হৌজিকতদি ইনিংথৌ!
মানা মানা থোকপদা পংহায় হায়মরবনি।—
তমুম খম্বা কম্‌দোই?—অজ্ঞা ননাই ঐগিদি
হংগংচরিবসিনি, সনা নোংদম মঙাইরে।
অচুম্বমু ওইরিনি ননাই নোংবাম ইত্তাওনা।
খম্বা লমজা মচানি; থুং-ফবগী চুমগত্রা,
মসি মঙাই নোংবাম্না। পাম্বা-মাবু ফুখরে,
হায়রি ইতাও মনাইনা, শোল্লম্মনি কৈ অসি,
ফাহন্‌বিয়ো ইতাওবু। নঙাই-ইবেম্মগীদি
বিচারগী বিচার, লোইনি লোইরোই হায়বদি
সনা নোংদম মঙাইরে, হংগংচবা ঙমদরে।
তোল্লবদি লমজানি য়োল্লবদা ঙাকপিয়ু
লাল্লবম্বু কনবিয়ু।—মাহু নত্তে ইবুংঙো।"
সুম্না তাকপি লমজাদা মরক সিদা যুবরাজ
সনা চোম্বোন য়েংহুনা—"চুমই মনাই খম্বনা
হংগংলিবা বাফমসি। থাজন্দুনা নোংবানবু
ফাহল্লসি কৈ অসি, হুগা ইমোম শোইবীবু
পিগ্রগনি মোংবান্দা।" নিংঙাইদনা হায়মকই।
বাকম অসি তাবদা নিংথৌ সনা মায়থোংদো
ওলাং থাগী অম্বকী কোম্বৌ মায়থোংনদৌগুম
তাংখ্রে; মনাও য়েংহুনা—"শানৌ তোনবু! করম্না!

থোকহল্লিবা অপুম্বা, ইনাওনা ওাক্তনিংদো।
অমুক্তদি খম্বথো, বা ওাংখিজু ইনাওদি!!
ইয়াম্বা নিংথৌ ওইরি।" হায়না মোইরাং নিংথৌনা,
থোংবা য়াকপা বাওাংনা যুবরাজবু য়েথংলে॥
তুমিল-লৈখি যুবরাজ। "লৈপাক ওগা অপুম্বা
খম্বা নোংবান অনিগী তৌবিয়ু বিচারসে।"
সুম্ন হায়রা ল্যাওরকই। অতে 'ওম্বা ময়াম্না—
"ননাই ঐথোই থংদরে, উরুবদি য়াওদবা,
মনিং তম্বা অনিগী বাহৈ বাকম সিরুদি
মহৈ মহৈ পংহাররা। হায়নরবা অসিদা"
সুম্বা লাওই ময়ামদো॥ মপু পুক্লিং বারৌই
বাকম পাওখুম অসিদা—"লাইরক থিবা হায়হনি
লৈপাক পুবা অওম্বা, নিংথৌ ওইবা ঐহাক্না
বিচার তৌবা ওমদবা অরেম্বদা লৈরবা!"
হায়রে; সনা মায়থোংদো চাওব রোমদা থাওওকই—
"ইপু নোংখোন কৈদৌরি! তৌবিয়ু বিচারসে!—
(নোংখোওবা) ইনিংথৌ! ননাই চাওবা তাজরি,
থংই তৌবা ওমগনি বিচাররসি ওসিগী।
অসুম্নদি ওইববু—অমরোমদা ইমাকনি।
অমরোম্না ইচানি ননাই ঐদি অওোমনি।
শাগী লানগী মরম্নি। মীচং মীথাই লৈত্রবা
থাংনা তুরং ককপওম চুম্না বায়েল শম্নবা;
ননাই মাক্স ইতাওবু—সনা য়াথং তৌবিয়ু।"
লাওরে সনা চোরোন্দা; চাওবা লৈপাক তাহল্লি॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"ইপু মক্সি! ইনিংথৌ।—
লাকপিমুনা করিনো বিচাররসি তৌবিয়ো।—
অম্না, বিচার অসি মত্তা কয়া চাদবা

বিচায় ওইনা ত্তৌই, ত্তাদিংদদনা ত্তৌবনি,
অরানবা 'মা গুসিদি লৈরম্মুদো ককথংকে ॥"
হায়না থোংলেন চংলকই। নোংবান মুংশা থিঁথরে।
অহুমকপু নোংবান্দো মশক ওন্দে, অরানবা
মান্দে কয়ি অমতা ; মীনহুগী মহোশা
ওইরকলবা মীশক্কি। নিংঙাইদনা লৈথোকই ॥
অমুক হন্না থোংলেন্না খম্বা নোংবান অনিগী
মরা হংলে তাথোক্লে। থোংলেন মানা—"লৈপাক্কি ?'
ইদিংথৌনা করম্বা ?"—হংই মুম্না ময়ামদা।
লৈপাক্না নিংথৌগনা—"এইখোইগীদি হায়খরে,
নংগী রাদা মঙাইয়ে।—হুদি এইনা ত্তৌরগা
লোইবনিকো বিচার-সে ?—মানি মানি মাহুনি।
অহুমকপু তাখিসি।—অনি সিগী সাথীদি ?—
ইপু মন্ত্রি করিনো! সাথী লৈতে, সিনবু
রানরিবনি ইপু—মন্ত্রবদি করিগী।—
থংই পংসিন্নবনি, ইচা মুংশিদবদে,
খোইবী পিদিংদবগা-ত্তৌরিবনি চক্রিসি !
কয়ি সাথী লৈতনি। মোইরাং হায়বা অসিদা
মাগী কনা লৈজদে ইপা ইচাদনিদো।"
মুম্না ঙাংখোকই থোংলেন॥ মোইরাং নিংথৌনা-"হিঃ হিঃ!
করি রাখোদা ইপু" হায় ॥ চাওবনা—"ইতাওবু!
লাইজ-কংকাল অনিদা নাথৈরবা জীবনি।
লাওসেকখনি এইসে।" মুম্না পংলাও লাওনরে ॥
থোংলেন্না—"কৈদগীমো, ওসি কাদবা য়াদে
পাম্ব অসি লৈপাক্না নাকোই রোমদা পুখোক্লে,
বিচারসি লোইরোই—সাথী লৈয়ি হংবিরু
বিচারসি য়ানিংদে।" হায়না লাওই খাক্তানা॥

সাথী লৈরি হায়বর্দি ভাবদা মীয়াম্-পুম্বা,
পুম্ নক ওইনা ওক্লবে। নিংথৌনা-"ইপু মন্ত্রি
কদায়নো !—ইনিংথৌবু ! হংজ্রবদি 'কৈদগী'
খুম্ গদগে সাথীদো।—হংত্তো থুদি।—হংগনি।"
হান্দক বিচারসিগী সাথী ভানিংবদগী
অহুক চাওবা লৈপাক্তো, পেকমক্ত লাওখিদরে।
তুমিন তুমিন ভারকই—। নিংথৌনা "ইপু মন্ত্রি
তারসি হংবিয়ো ইপুনা।" থোংলেননা—"নোংবান !—
ইমান্ ইবুংঙো !—বৈশি, মণ্ডারক ফুরে থুগা,
অহম্ লক্ থিন্ খিবনি ?—মানি ইমান ইবুংঙো।—
ইনিংথৌবু তাবিয়ু। লৈপাক পুম্বা ভাবিয়ু।
নোংবান মাগী তা-সিনা মাগী সাথী ওইগনি,
খম্বগীসু মাহুনি। লৈপাক নিংথৌ পুম্বনা,
মশা মশাই সাথীবু করি য়েংবিরমদবা !
বিচার-রা অহুবো !—ইপু মন্ত্রি করম্না ?
নোংবানগী ভানা থিল্লি হায়রি কৈদা। খম্বেসু
কৈদা মাগী তাদোন্দা, কৈনা মদোম্ থিজরে,
হায়নরিদো 'অনিমক'। থুগা অমুক খম্বনা—
নোংবান মাগী তাদি খুংলম্বি হায়রি লৈপাক্তা।
খম্বনা নোংবানগী 'মুক মকোক্তা থুদে, 'ওাকই,
হায়রি অসি নংতরা ?—মানি।—থুদি হংবিয়ো
মখোয় 'নিগী ভা-সিদা, কৈবু খিনবা নিপাগী
তাদোন-থুদা শোইদনা কৈগী ঔদি পক্কনি।""
হায়না থোংলেন লাঙরকই॥ থোংলেন মরা তাবদা
লৈপাক পুম্বা হুরাওই। থাগৎনরে খ্বাইতুনা॥
অহম্বা নিংথৌ প্রজা পেন্নৈ অত্তা মখোদো॥
মপু সনা য়াথংনা—"য়েংউ ! 'অঙোম চংশিল্লু,—
ননাই ঐখোই হাঁরিজদে, লৈপাক্না য়েংবিরম্বু

অহূ মঙাই।—য়েংঙ্গি য়েংঙি কৈরোইদাঙ্গা লং য়াও।"
তাকপিহুনা নিংথৌনা অঙোম মানা য়েংবদা,
খুমন মাগী তাদোন্দা কৈ মতু-হু পরক্নে।
ঈন্দু পকই। নোংবানগী য়েংউবদা
লৈপাক পক্ই। অসুম্না মর্থং-মথং চংদুনা
দোলাই পাবা, নিংথৌ সেনবা, অঙম অথৌ য়েংই।
চুস্নে। লৈপাক কিন্থরে। "অসাই ক্রেরেক হায়রগা
নোংখাংগুম্না নংখিবা—অহূ কৈনো-?" অমুক্না
হংনরকই। নোংবাম্না—ইভাওদা হংবিয়ু ঐ
খংজহৌদ্রে।—খুমনবু! করিনো তোমপোক হায়! –
ননাই ঐনা হায়জবা—ননাই ঐনা ফুথবা
তাদা, ইভাওগী তা-না-ঙাকপা' হৌবা মথোয়নি।
তা অনিনা থেংনবা হুদা মৈরিক হৌবনি।—
মানি চুম্মি চুম্মি হো।" অসুম হায়না চুম্নরে॥
খোংলেম্না—"লৈপাক তিনবা! বিচারসি তৌবিয়ো,
ইচা' লাক্নে ইচাসু, মীচানা লাক্নে মীচা,
পম্লং চংবা য়াদরে, বিচারসি তাবিয়ো।"
লাওরে লৈপাক মীয়াম্না —"নোংবান লাক্নে" হায়নরে।
"বিচার লোইরে 'হুদি লুহোংরব্া তৌরসি।
কৈ ফাবসি তৌরুসি, পন-য়ানথাইরসি"—হায়রে।
খোংলেম্না। কনা 'মতা ঙমদরে বাকমসিদা
য়াম্নুবা। তুমিন তুমিন মরু ইরুক লুররে॥
থন্কম্ ফাওবা খোক্তনা খোইবাং থিংলৌ য়ায়রে॥
মতম সিন্না নোংবাম্না—"লৈপাক তিনবা অপুম্বা!
মপু চোরোন তাবিবি! ননাই নোংবান কৌবনা
লানবা নত্তে—ওসি 'সি।—কনাগো নোংবান।"
হায়বি হংবি নিংথৌনা। "করি হায়দা অপাম্বা!—
থাংজিং লাইনা লানবনি। ঐগী থবাই কম্বিবা

মরম ইচুম-চুম্ববু থাংজিং মানা ঐঙোন্দা
তোংবিদুনা ইনিংথৌ! কৈরেং ছুয়েং হারখরে।
মীনম্মুরে ননাই ঐ। পম্লুং সিদা 'খুস্তদি
চংজখিগে ননাই 'খোই।"—বাম্বম অসি তাবদা
মোইরাং নিংথৌ মপুনা বাতু মথা তারমদে,—
"নংদি অতো" হায়দুনা হুন্দোক্লমই নোংবানবু।
লৈসিনখরে খোংলেন্দা "ইপু খোংলেন মল্লিবু?—
অজ্ঞা!—কৈ অসি ইপু, ঙাওরে মহাও খঙেঙদো।
ঙাওবা হেল্লে অসিনা চিংয়া তময়া অসিদা
মীতাবদি য়াবরোই। সিম্মু থোক্ল-থোক্লবা—
লাইরদুনা,- অঙম্বা! মং ঐমক চংলবদা,
পাম্ব-অসি ক্বাদনা করয়ম্মু তোকসিগে!
নিংথৌ ইমান্নবনা মোক্লগনি অঙম্বা।—
য়াম্না চুমই ইনিংথৌ!—লৈপাক প্রজা অপুম্বা!
হেনখিবা য়াদে কৈসে।" হায়না থোংলেন লাওখরে।
থোংলেন মম্বা তাবঁদা সেম্নখরে পন্‌শিংসি॥
থোংলেন্না "অতোন্‌-নোংবান! পম্লুং চংঙো" !—হায়রক্লে।
মোইরাং নিংথৌনা—"ইপু করি বানো ঙক্লেনা,
ঐ বা অমা হায়জগে—ইপু বাখল তৌবিয়।
অনি থাজিনবিবনা কংলোইদরনে ইপু?—
মাতু অফবা বানি,—ননাই নোংবান অসিগী
মঙৌ সিগা কদায়নো। খর তৌরে মাইবীনি—
সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু থংনদুনা তোক্লসি!
পাম্বা মাদি ক্বাদনা শিনদুনা পম্লুংদা।
কিরে মনাই ঐসিনা -মতোম মতোম থাজিনগে।
ইচাবু হান্না পম্লুং চংহনজগে হায়জদে।
নোংবান্না কাম্ব্রে করে; কোম চংগে হায়বম্বা?
নোংবান মংনা পাম্বম্মু হায়, ইকু য়াজগে!—

ননাই ঐ হাপ্পা চংগে, ইমায়মু হায়বিরি ।—
তুদি অতো নংদি মাইথীনিনা থংইগনি ।
কনা কানি কৈ সিদে ?—কৈদি ঐনা কাগনি,
তুনা হাপ্পা চংজগে হায়জরিবা অসিদি ।—
করে করে অতুদি কাগদবা নিপানা
কাক্লগা তু-ভাই ; কারোইদবা মানদি
করি থোইনম্না কাপ্পদে ।" হায়রে খোংলেন য়াথরে।
থোংলেন-লোংবান ভাংনবা রাকম অসি তায়গা,
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"শাগ্রেন-লাংগ্রেম,—কোংয়ানবা
তৌম্নু তৌম্নু হৌনদে—ইপু মল্লি লৌবিম্নু
নোংবান মাগী মরাসে । মতেং লৌনজসনু
থাভিনবিয়ু অনিমক ?—সনা য়াথংনা লোইরে,
ননাই করি হংগংতে । ননাই ঐগী ইচাসে,
পাংদে মপা মাম্দেনে ।—মাসিতবু য়ৈরগা,
লোইরেদা, খর তৌরে খংনরে চৈনরেদা ।"
হায়রম্লগা মপুগী মাং'তু মক্তদা থোংলেন,
চিংশা নাপোম্-নদৌমা তাজরিবা খম্ববু,
হম্নরবা মহাক্লা "য়ৈনি মাসি" হায়তুনা
থোংলেন খোংকাপ কাম্লকই । থোংলেন মাগী থম্মোইদি—
খম্বা পোকপা মক্লপ্পোই পুরেম্বদি মভাওবু
থোংলেন কৌরি, কপ্লকই । - "ইতাও 'বুংঙো নচাসে,
উকু থোক্ত্ম্ থোকহৌরে, লকা হুগুম হুহৌরে ।
মথুংতা লমু পায়রে, খোইরেন ভাকতা লেম্লসে,
অতুঙৈদা নহাক্লা পাম্বা মভা ফাবদো
মুর্ত্তি অদো পুরেম্বা ওসি উরে অমুকা ।"
অম্মা থম্মা, চৈতুনা খম্বা কুনি হায়শিনৈ,
থোংলেন চংশিল্লকপসি, উরে মোইরাং চাওবনা ॥
নোংথোন চোংশিনখিতুনা থোংলেন শাবু কাথরে ।

খুমন মাদি লৈপাক্তা খুরুখুদক কুন্দুনা
অহুক চাওবা মশাদো খুবি মুক্তা চাওখরে।
মপা খোংলেন কিবনা, থাংই লৈপাক মাংহন্দা ॥
খোংলেন চাওবা য়েংই—"করি মশিন্ লৈবগে!
ইচা য়েজগে তৌরগা" হায়রুবা খোংলেন্দো,
মমিৎ তুদি মপীনা মতুম মতুম তারকই।
খম্বা য়েমদা ওন্শিল্ল। চৈরে—"পারি ইবুংঙো!
শাদা লান্দা চংবসি—অরুবনি, অহুবু
ইপা নংবু চৈরুরে। হন্দক চংবা অসিদি,
কীগে অমা খঙেঙাকো, ইচানা চংবা সিদা
য়োৎচিন্ সৌজিন্না নংবু য়ুবা থোক্লবদিনে,
ইপা নিংঙম মোইদোয়ে।" হায়না মচা কোন্দুনা
চেক্লা মপী মচানা তৌবগুম চিম্লেংবৈ।
খোংলেন মামা শায়রিবা পানা ইল্লে খম্বদা ॥
মতমসিয়োরকপদা লৈপাক মীয়াম শাওনরে।
"চাদ-থক্তা ঐখোয়না অম্বুক রানা থাংঙগা,
অঙোম মচা অসিনা চক্রি তৌই হায়দুনা
নোংবান মাবু চৈমবা ভাংনরকপা অসিনা,
ওয়াং লাওগ্রে লৈপাক্লা। রাসি চাওবা তাখরে।
মথুম অনি লোন্নরে—লৈপাক মীয়াম য়েংহুনা—
মুক্লা মংবা নোংলক্তে কোয়ৌ লোংনা খোংবগুম—
"লৈপাক রায়োবিগমু অহিং লিক্লা থাঙভক্লে,
রাবণীদি রামরে, ভপথবিখো অমুক্তা।"
চাওবা লাওরকই। লৈপাক মুম্লা ইংমরে।
'খম্বা নোংবান অনিমক চংমিন্নবনা ফনি,'
হায়রবা সনা য়াথংদা য়ানহুনা অশিন্ক
মপু চোরোন খুরম্মে, পাবোৎ শনগী মঙংনি;
তান্ন-হিগুম মান্নবা, খম্বা নোংবান চংখবে ॥

---

## ১৬

## অকোনবা পম্নুং চংবা

ছইয়োই লম্বোং য়াওদরে। 'কোনবা চংলক-পসিদি-
মাপন্ গদি লোইদনা, নোংবান খোংকাপ পন্দরে-
কৈনা অসাই লৈহোৌবা মকম অদু য়োনবা
প্রপ-প্রপ অদুম খিন্নক্লে মথায় নোংচুপ পাংদুনা।
খন্বা নোংপোক পাংলকই; অমুম লৈথরক্লম্বা
অবাং, অবাংদৈ কৌক্রু, কৌক্রু নোংচুপ মরকতি—
নোংয়াই লমজা য়োরক্লে। কৈ অসি হায়দীদা
লৈরমদরে থৈরম্মে। কৌক্রু ওইরপ নোংচুপসু
নক্তে চৈরক অসিদা, সদু য়াংগেন হৌরবা
য়াংদোঙ 'মদা ফমদুনা, নোংবান মাবু ঙাইদনা
পাম্ব সুম্না লৈরম্মি॥ নোংবান, পাম্বা উক্রিডৈ
থোংলনিংবা ইথোরাং—"পাম্বা কৈদা লৈবগে?
চোংথোরকউ লোৎকম্মু। অসাইদবু, ঐসিনা
নংগী লোশিং খংউদে। চুন্দক্রি কৈদে য়ানি।
থোরকউ পাম্বা নংদি কৈয়েন কৈদৌরিবগে।"
হায়না নোংবান কৌরকই। কৈদুনা তারে "নোংবান!
মাপন্ চাওইদা নংদে। ঐদি সিদা লৈরে-হাই।"
হায়না পাম্বা লাংবা-খোম, কৈরেম মীম অদুনা,
মথুং থুমাং অদুগা মালেম থক্তা য়ৈরকই,—
'দম্-দম্ দুপ দুপ খাই-খাই খাই' খংহল্লকই নোংবান্দা।
নোংবান—"লৈরে" হায়দুনা ছইদেম লংবঙম চংগ্রে,
অনি মশক উনরে। কৈনা "নোংবান! চেকশিন্ন!
নংগী নশক অদুবু ঐনা অসাই উবদি,

কয়া হৈরিং কাক্লাংতে ; মপুং কারে হান্দক্লি।"
হায়না ঙঙই পাম্বদো। "পাপী অমাংবা ঙসি,
খাংউ ইভিক খংগ্নি, নোংবান ইখুবাক্তগী
লিংখিবরা য়েংসিদো" হায়না নোংবান মায়োক্তৈ
থোংথোং শানা লেপখ্রে। অদি শংত্রিক য়েংনরে।
কৈরেম মানা শাওখিবা, চাংদমনিংঙাই লৈখিদে।
ঙরং ঙরং ঙঙঙকপা লোকমায় অচু নিক্লকই ;
পাম্ব-কৈখোন্ থোক্লক্লে। নোংবান মানা—"অঙোম
শাগৈগিদি লক্তগী উমি তোন্দা চুন্ থুম্বা,
নোংবান্দে" হায়না লাওরে। কৈনা হংবা, নোংবান্না
লাওবা সগাই পমপাক তায়। "কনানো" হায়না হংনৈ,
নিংথৌ যুবরাজ অনি। অনিসিগী সগাইনা—
নোংপোক, অতে অঙমবৈ মথং মথং লৈখরে॥
চাওবা থোংলেন মৈরমদা। অঙোম মাগী চিংখৈদা।
অুম্বা সগাই পমপাক্লি। কৈরোই-পম্বান্-কৈরুপা,
তাজিন্-পংথোং-সৌবু-শা সগাই পুম্বা শেন্নরে॥
"কৈথেংনরে কনানো ? নোংবান্নি,—নত্তে - চুদি
খম্বা ঙইবা তারেদো। মায়কৈ অসোমদম্নিনা, —
নত্তে সোম্দনি, - মানি,কৈদৈ সোমদম্নি" হুম্বা
লৈপাক লাংখরে নিক্লে। লৈপাক নিংথৌ অনিম্না—
"খুমন অচাং ইবুংঙো ! অঙোম নোংবান অপাম্বা !
লাইরেকপু, চেকশিল্প, পুক্লিং ইংথৌ হাগপু।"
লাওনরক্লে। লৈপাক্লা নিম্নরকপা থোক্কম-সি
চিংথক্তগী তময়া কাও, লম্দম্ তুনা শিংলকপা
লোক্তাক তাম্না হুম্নকপা, মালংবনা
পুক্লপ পুম্না পুরক্লে। লৈপাক শীয়াম নিক্লকপা,
থোক্কম অসি তশেংবা খম্ব্-থোইবী-সেন্নুনা

পুন্নতা ওইনা তাথরে ॥ থোইবীনা "তারবরা,
ইনম্মা !—ইবেম্মা তাম !—ইনম্মা কম্ দৌগদি ?—
করি গতি লৈরুনি, লাইহুম নিংউ ইবেম্মা !"
হায়নজরে অহুমদো । খুন্না লৈথাং মেৎতুনা
চিম্বান মোইগাই অনিনা, 'মুবা খেঙুম লাংশিন্না,
নিঙোন চুবা ঙাইথিংথক্, শাইনোন, ইঙাই-খাহুদা,
হৃমাং ঈরিক্তি কাবা, খম্বাল-লংকা মান্নবী,
মিৎ অহুদা নোংয়াই মসুংলাংগী মজাইবেম্মা,
পিদি-মতুম মতুম-বু সিম্বরক্লে বাবক্লে ॥
নুরা ওইবী পাংগন্দি কপচবদা মঙাইবা
কপ্প কপ্প খুরম্মে চিংউ লাইথোং সুনবু ॥
লাইনিং পরৈ চেৎতুনা নুরা অহুম লৈরকই ॥
থোংলেন-চাওবা—কৈরোইজাম্বা অহুম অসিমম্বু
সগাই থক্তা লাইনিংখ্রে । থোংলেন মমিৎ উইশিনখ্রে ।
সাগী লানগী মবেম্ম তুর্গা—চোরোম কোনথরে ॥
লৈপাক্লা নিন্নরকপা ইনিন অসি তারকই
লোংবান মনা লেগাইগদোবগুম, খুংশাথিরে । —
"অলাইম্বু অম্বুমদোমা লৈপাক নিন্নরগা হেক,
লমজা পাপী খম্বদো, ইরেন চংবিরক্তনা
ইচাই চাইনৈ কায়দে । মানা চংঙকত্রিঙৈদা
কাহৌরগে কৈ অসি" খুন্না লেপই লোংবান্না ।
থিন্দে নোংবান কোংয়ানবা—"নহাদে" হায়রম্নগা
পাম্বা মায়কৈ পাংনদি তাম্মোন তা-হু হুনজিনখ্রে ।
পাম্ব-খুংনা শোইরগা কৈয়েন য়াদা হৈরবা
নোংথাংগুম্বা মথুংনা পাইশিন্নকপা তা-হুগী,
তাজিন অহু মথুংনা তাপ-য়ৈথৈ, থিন্দে তম্না
তা-'হুনা মালেম থক্তা তাত্রিঙৈদা তম্না-'মুক,

তল্-ওক্ একই মখুৎনা। "পাম্ব-ইগুণ খংহন্‌গে"
খল্লহনা. কৈহনা খোরে হুগা লোইমনা,
তা-হু কৈরেম মযানা উমই পুমচিক চিকখাইরে,
উকুন শারে ইঙে'ই-ডোই, তাগী মকুপ অপুম্বা
কৈগী ময়া হুদগী নোংবান লোমদা কামশিন্নে।
নোংবান্না "অচ্চা চা কৈ! হৈশিংগ্রেদা মাসিদে
ঐঙোন্দবু কাম্‌শিল্লি অসাইম্নু-ম্নম্ মতোই।
তোজো তোজো খাংউদো, য়োংচম ওইনা তৌবনি।
হান্দক্কী তা অসিদি,—হনগ্রবদা তা-সিনা
জীব অমা থিন্দনা তোকতরবা তা-নিদো,
সৈত'সাখী ওইসম্নু, খাংউ খাংউ খংগনি।"
হায়না নোংবান চরৈবু তাখৎলক্লে সেমখরে।
নোংবান মখোং থিল্লক্লে। কন্দ'নত্তে নোংবান্-দো।
মখোং নাম্ম থিনবদা খোইরেম তাক্লো মিকখরে॥
সগাই তোংবা মীয়াম্না 'য়ুহারাইনা' হায়নখি।
তাগী তাজিন্ অহুদা বিষ্ণু মন্ত্র শোন্দুনা
'জয় বিষ্ণু' হায়হনা লংসিল্লক্লে হাকথং তা॥
পাম্ব মাদি চম্বরা, কৈরেম চমদে লাইগুমই।
কৈ নিঙোম্না পোকপদি নত্তে হান্দক্কী কৈসে।
শক্তিনা ওন্‌বা কৈনি, ইকোপ-পুংগী কাওহগী
মথরাইনা ওন্‌বনি, খোয়ুম মাগী যরনা॥
খোয়ুম খাংজিং লাইহুদা নিখি কাওরেম মহাক্না—
"খোয়ুম খাংজিং নহাক্না কাওরেম ঐবু চাগেম্নু
হায়দবদা, নোংবান্না মাইবী চংলে মীনম্মে।
ইকোপ-পুংদে কায়ক্লে, চংনা সরেম তুবিরে;
ইচা কাদা য়েংপগী, ইচাই লমন্ শিংজগে!
লীলা লংদিং লোইসিকো!! থরাই মন্নি অমনা

লাইরেম্পাক্তা চৎলগে, কৈ ওইগে থবাই অমা.
থোইবেন তাক্তা লৈরগে স্থম্মা হায়রেপখিহনা
ঙাংব-মিংথি পাক্লবা লাই-ওইবা শুন মহাক্না
ওন্থরকপা পাম্ব নি। নোংবান মাগী কাদদি
মনিং তৌবা ওম্বা থোইবেন তাকী পাম্বনি॥
নোংবান মামা খংবদে কৈনা হেন্না খংজিল্লি।
বিষ্ণু মন্ত্র শোন্নকপা নোংবান মাগী তা-অদো
পাম্ব ওক্কে নিংলক্লে। পাম্ব মবুক্কিং হুদা
বিষ্ণু চোয়োন থুরম্‌থি। নোংবান মাগী তা অহু
পাম্ব মাবু ওমহুনা নোংথাংগুম্না পাইরকই।
পাম্ব ময়া কাথোকই তৌশিন্নরে কৈহুনা।
নোংবান মবুক অহুদা ময়া মক্কা থিনথরে,
স্থম্মা নিংই। কৈহুনা পাম্ব চিন্দোন য়োদৌবা,
শঙ্কে অম লৈমিঙৈ কৈগী মথুৎ অহুনা
ফারে নোংবানগী তাদো। নোংবান মানা উবদা
পুমঙক্ ঙকই—"হিঃ কৈনো! কৈসিদে! হৈদা হৈদা!
হে কৈ! করি কৈনো তরাং-কৈ, কৈরৌ হৈনবু
পোকপরা. কৈ মহাকপো!" স্থম্মা নোংবান ঙাঙকই।
কৈনা "উম" হায়না ঙংহুনা "নোংবান ভোজোন তৌরো!
মিংগদবা নিংজরো" হায়খি। মাহু নোংবানগী
আম্না মক্কা পাম্লুরে। নোংবান মবুক ওনথরে—
"নোংবান হায়বা ঐসিবু পাম্ব-নথুবাক-সিদা
মাঙেঙ্গা মতম থরবোই! হে কৈ নংম্থু ক্ষেত্রি-নি,
নোংবান ঐম্থু ক্ষেত্রিনি, ঐদি খুংলাই থারেদো।
পাম্ব-নথুবাক্কগী মুনবা ওম্মে খুংলাইদো,
কৈরেন নংবু ফারেদো, নৎত্রবদি ঐগীদি
খুংলাই লৈতবা তারে। মসিদা নংনা ঐবু

মায়থিবা পিরবদি শাহ্ন কানা ভুহ্না
চাওকো। নংবু ঐনদি চন্না খোক্লবা ওলি—
খোংপাক্তা খুহুমগদনা নৈহুনা হাংকেক্তো।"
হায়না নোংবান লেপখরে। কৈনা—"নোংবান-নংমক্তি
খংদবা নিপা মক্তি খোক্তবোইরে" খল্লকই।
তাখোকা খেবেগদি তাইনবা চুদা কৈনা,
পায়রে মখুং অনিনা; কৈদো ফীবম চেৎখরে॥
কিব-লৈত্তে নোংবান্দো ওক্লেন তোমচৎ শাগ্রমই।
চোংশিন্দুনা নোংবান্না তাখোক ল্লোমদ্না পায়খরে॥
পাংগন্ লোইনা থানরে,—কৈগা নোংবানগা অনি,
চিংনরক্লে ত্তা-অদো। পাংগন কনবা অনিনা
চিংনরকপা অহুদা তৎফদবৈ তাখোক-তো
তৎতবদা মঙাই-রে। অমরোম-ন্তু চৎতরে,
অমরোমন্তু চৎতরে য়োংকী মুস্বী অমদা
ডাকপগুম্না লেপখরে অনি তুগী মযাইদা।
চমদরবা তাখোক-তো মতাং অহু চৎলকই,
হায়বা য়ানা অনিনা মুন্নরক্লে ত্তা অদো॥
"তা-সি কংদরবদি শিবা তারে নোংরান-ঐ,—
তা-সি মুনথরবদি শিবা তারে পাম্বা ঐ"
অসি খম্ব অনিনা তাবু মুন্নরকপদি,
তা-মুমবা নৎথিদ্রে, পাম্মুনরবা থবাই,
মুন্নরক্লে অনিনা॥ মতা অমা ওইরক্লে।
খাগা বাংগা অনিদা চিংনরক্লে ত্তা-অসে।
চিংমায় অহু নিক্লকই। অনি তুগী মখোংনা
খুবম খিনরক্লুনা নেৎনরকপা কাওরকপা,
চিংগী নাপোন লৈপাকতো নিংখাইরকই ফোং-ফোংনা॥
"থেংনক্লে নম্নরিত্রা কম্বিনো খংখিদরে।

নৈনবদি লোইরে ; তু ! য়েংউ শিংগ্রেংনচিংবা
নৈনরিবসে তু-তু, উ মচা ককা অসে !
কনাগো নোংবান-নি ; হাই হাই ! নোংবান লাইবেক্নু !"
অসুম ভৌনা লাওনরে ॥ খম্বা তারে। "কম্নো !
চংসি হায়র-কনায়নো ! হোরেন অসাই বদৌনা
থিনা হায়রক্লবদি- কক্রে জোয়-পোয়া জোয় 'মা,
হক য়েংথিবা খোক-মান্নে।" খল্লে নোংগাই খত্তোমদা ॥
মুংকান অমা থিরে, খম্বা লৈরে কমচুনা ॥
সোমদা তাদো কৈ 'চুনা খজিক খজিক চিংখরে।
নোংবান মখুবাক্তগী তা-তু পুমসৎ সংখরে ॥
কৈনা, তাহু মতুংদা ইম্হোকতুনা থমখ্রে।
কৈনা নোংবানগী সোর-অকাইবা থিরতুনা
লাকদৌগুম য়েংতুনা পাম্বা মমৈ অতুনা
লৈপাকতা মুই, ভাইরকই। "খোইরেনতাকী পাম্ব-নং,
করে করে খাগুগ্দো খুতুম-ভনা পুতুনা,
হাৎকে কাগে নোংবান্না।" লেপই, লৈরে ভাইতুনা ॥
মিকুপ মঙাই মমুংদা কংলে কৈনা অকায়বা
নোংবান মাগী ; কৈ অদো চোংগ্রে লাংদোন লান্নুনা ॥
আঃ—চোংগ্রে হায়তুনা নোংবান্না মঙক খুগুনা
চোংখৎখরে। উকংনা কৈগী খদাংদা ভাগ্রে।
মখাদা মকোক তারে। নোংবান মখুৎ অনিনা
হাইগৎতুনা কৈরেনগী মখাং অচেংবতুদা
সেম্বী কবো পয়াম্বা শিংজা মপুন লাকপগুম
লাকগ্রে করক কাখরে। কৈগী মখুৎ অনিনা
লেংবান ফাগুথরক্তুনা নংগন্দা খুজিল ভরা,
রৈসিনখরে কাখরে। মখোং খুমুং অনিনা
নোংবান-কৈগন অনিদা খুজিন রৈসিনখরে ॥

মোংবান মমামবনা খুজেং চম্না মখাংদা,
লাকসিল্লকপা কৈ অদো েয় হোনবা য়াখিল্লে।
খুবিং খুবাই কৈ তুনা নোংবান মনং-গন্-তুদা
হোংখিবা, মুরিং কীয়োন তংতনা হুকচাং শোকল্লে।
নোংবাগী পাম্বা মাবু হাইহংকে খুদোং শেংকে
তৌবদা মপল্লে য়াদে। পাম্বা মকোক ভাওহনগে,
খুদোং শেংপা য়াদ্রে হায়না নোংবান লৈমল্লে।
কৈনা ইলেপ লেপ্তুনা নংগল-লোমদা হোংলকপা,
নংগম পুমতং তংখরে, সোর কাওগদোরল্লে।
কৈগন অনি অহুমা কৈগী থতুং অসিনা
কাওথংলকপা অহুনা,—লৈপাক অপেংপ-তুবু
খুংনা কোংপা লংথোকপা মতৌ অহুম চংলল্লে,
সদোং সদোং চংখরে। নোংবান মথুং অনিনা
লাকসিনখিবা অহুনা মখাং তুম্ব পাম্বগী
তুপ্তে হায়বদা ভাইরে। লোইরে পাম্বা মহাকম্ব।
শিবমদায়গী থোংগাওগা পাম্বা খুংনা শোইরগা
কৈরেন য়ানা হৈবা-পা ; কৈরেন খুংনা শোইরগা
পাম্বা য়ানা হৈবা-কৈ ; কাওবগা হোংলকপগা,
নোংবান পুমতং তংখরে। নোংবান লেপ্পা য়াখিল্লে।
মোংবান লাইবক যেংলগে পাম্বা হাইহংলগেদি
মুংপাক 'মদা হায়তুনা য়েংলকপদা উখিল্লে।
নোংবান ভকচানখরে। কৈসু লৈবা য়াখিল্লে
লাকশিল্লকপা নোংবানগী কনসিল্লকপা খুংলাক্লা।
কৈনা সোর ফুন্‌বনা শিরমদায়গী মতমদা
পাম্বা মশা কত্তুনা খুতুং অনি কাওখরে।
পাম্বা লোংনা তুনখরে। নোংবান মথুং মাম্বোক্তে,
লেপ্ল-য়াখিদতুনা হাইথরল্লে। নোংবান-দো

পাশৈ মথা থংলক্লে। ’ৱৌবা লোংবা তারক্লে।
তারকপগা কৈ হুনা—চয়ম অচৌবা মক্তা
লাক্লে কৈনা খোংথানবু। নোংবান মখুৎ অনিগা
পাম্বা মখুৎ অনিগা য়েংশংলক্লে। নোংবান্না
খুকউনা পাম্বা মাবু থৈদোকতনা তম্না—’খুক
ওংথংলক্লে মথক্তা। কৈনা চিকপা থাদোক্কে।
খমনা ’খুক মথক-থং, অমনা ’খুক মথক-থং
থয়ো থয়ো ওনমিন্নৈ। অনি চে-জেং কোয়ক্রে॥
ওম্থমিন্নৈ অনিদো—লয়েন-খোইয়েন-তাক্কিদি—
শাবু খাত্তোদ শায়বা, চিংমায়—লাইমনাই হাম্জিদী,
তম্‌য়া খুদেং শাবদা, কুৎতক ত্তৌবা মকম্নি,
ঙাম্বুরম থেংথাং শাবা, অহিং চোংখু চাকৃতাকম্,
পুলৈ নাপাক্ হৌবা ইরোই লাবা লয়োন্-কোম্
ককুই ইরাং থাংবা মকমনি, খৌখুংরোকতবু
নোংবান লোংনা তাথরে। পাম্বা মানা নোংবানগী
কমথরে মবুক থক্তা। নোংবান মঙক লুচাওদো
কৈনা প্রোক-চিকথেকখরে - ঈদো চুপ-চুপ চুল্লকই।
খুজিল তরা থংবাকতা থমক্রে য়েশিল্লহুনা।
নোংবান “ইক্” লাওই, কৈদা—উম . খোন্, অনি মান্নৈ।
মখিন ফবা নোবান্নি, মবুক নিংদা মুংঙাইত্তে,
লাকচৈদা হায়না খল্লি—অচ্চা হায়গে তৌবদা—
থিংখি ইক হায়না সোর॥ মতুং সিদা অনিদো
তুমিন তুমিন লৈনক্রে, হিদাক ঙাম্থক অম-রোম॥
“তুমিন তুমিন লৈনক্রে, প্রলয় দৌনা অসাইদি
শোক্লখিনা করিনো! কৈগা মীগা অনিমক
কোয়-রব-নয়া, য়েংউ, কৈ কায়বনরা!
মী শোকথরবনয়া! নোংচুপ থংবা! য়েংউ! তাউ!”

চায়না লৈপাক নিমরে।  নোংচুপ থংবা সগাই-দৈ—
"মনাই ঐখোয় মাঙ্গী থংবা ভমত্রে অরেপ্পা!
অঙ্গোন-নিনা, তৌবদি থেংনত্রে কৈগা, চুগা
নমন্থু শয়থ্রনাক্লে; নোংবাম্মি।" হায়, লাওরকই॥
অঙোম মথৈ নিকথরে, থাবম অসি তাবদা,
খয়ুংনি তাইবংনি লেপ্প-ভমদরে মম্‌থরে॥
মমায় ঙম্ম-মুশিনৈ তানরক্লে —"কররো"॥
লৈপাক লাওনয়কপসি লমজা খম্বা তারক্লে।
"হিঃ চুম্মিনা" হায়দুনা—তাথংলে চৈ-য়াংগোল,
থিন্‌দে খম্বা থিবক্লে, মতাও খোংগুল-লীরকই॥
খম্বা চর্‌-চর্‌ লাকপনা অহানবদা মতাওগা
কৈগা থেংনখিবগী থেংনরুরে মকমদো॥
"অনি থানখিদরে, হিঃ কল্লো কদোমদনো"
হায়না খম্বা থিল্লমদে—পরপ পরপ লাকপনা,
মতাও নোংবান অহুগী ঈনা ইঙাং-ঙাংঙমই॥
থৌওইরমদে খম্বনা—মতাও মশক উনবা
চোংনা য়াংনা চৎলকই, নোংবান মশক উররক্লে,
কৈনা নোংবাম মতাওবু, লাকচ-খুত্থুম চল্লিবা,
শমহুনা থমইবদো, হাওরৌ ফৈদোম ভবেংলোম
লৈরিঙৈদগী খম্বনা, কৈস্থু খম্বনা উরে॥
কৈনা "খুনা লাকইদা! বৈষ্ণব নংদে কয়িনো!
ভাহাকতম্থু মঙায়। পাপী নোংবান অসিবু
য়াইবী চুপ্পনববু ভৌগে নিংবনি ঐনা।"
খল্লগা কৈ অহুনা নংহৌরবোই হায়বগুম,
চুপ্লকই ঈদো চুপ-চুপ॥ নোংবাম্মা কৈ মথাদা
মরাক ভংলবা চৈরৈ, মখোক লোইরবা লৈরাং—
নদৌগুম্না তাবা-হু উরকপদা লমজাদো—

অহুক চাওবা কৈহুবু মরূপ প্রেম্না কনবনা,
উরে হৌদোং মুক্তা চাওনা। অতুমকপু খম্বা,
ভক্তি সুককাই কাইখিদে। নোংবান মতৌ উবদা
মিংতা পিবু তাখরে—"ইতাও 'বুংঙো" হায়রকই ॥
নোংবান থনম্মহুনা কৈরেন মাবু কৌরক্লে।
ভক্তা মকী যেৎতনা—"থাংজিং লাইগী শাদোং-ও
চাম-লাকএ চামনি, পাম্ব নংগী নপাংগন!
নংগী নখা থারেদো; ইতাওদো! মনাই ঐদি,
অশোনবদি লমজানি। ইমাগী অমৃতনা
য়োক্লক্তুবা খম্বনি। ইবুথোগা পাবদি
ইভিক ওইবা নৎচদে। মাবু ঐনা করম্না
থনম্ সিগে সিদা চংমিন্নরকপা মরূপ্নি।
মপু মোইরাং নিংথৌনে, মাবু পোকপা ইনেম-নে
সিবু 'মুক্তা, ইতাওসে মশক উহনজরুগে।
পাম্ব-নচা খাক, কৈবেন-নচুখাক খুঙ্গগেনে
পিনৌগবা ইবুথৌ! নিরি ননাই লমজানা।"
তায়—কৈদো, কোংয়ানববু থাদোক্লে চুপ্নম্বদো।
কৈনা খম্বা য়েংহনা—"ওম্মোকপনি নং-মসে!
নংগী কা-দা বৈরী ওইবা মাবু পম্নুং সিদা
প্রান লৌগে লোইরগেদি নিংঋিদো ঐহাক্না—।
করে অহু মভাইরে, নতাও-সে নংগী পুক্লিং
থুংনববা কল্লোরো। মাগী শাগৈ নাত্তেগা
পুকমেন পাওমেন্নবদি হুগী মতম থনমগে।
নতাওনা পুন্সিবদি ওইরোইকো থংজগো।
ঐনা সুম তৌত্রবদি নরোন্দা মানা অমুক
হায়জরর-য়োইদনি—চিকথেকপনি অহুগী।
মানা লানখিবহুম্না নংনা কোকপিত্রবদি

মাদি লানবা ওম্মোই। কোকদৌবা ময়মদি—
মাগী ঈ-সে নঙোন্দা কামসিনগেকো ঐহাক্না;
সিনা কোকপা ওইসম্মু লংনবা নুত্তে ঐনা।"
হায়না পাম্বা মহাক্না নোংবান ঈহু চুপ্পগা
ক্রু-ক্রু লাওনা কামসিল্লে। তাইবং পুক্লিং ওইবনা
লমজা শাওরে কৈহুবু। "ঐদি নংবু লংনদে
পাম্বা করি মত্তৌনো! করে করে থংউকো
লমজা ঐগী পাংগন-সে।" হায়না খম্বা তাথোক্না
কৈগী তুংদা হৌরিবা তেরা পাম্বী অমদা,
দম্ লাওনা কুথরক্লে। লম-চম শামা তেরাদো,
মকু সেগাক কায়ত্তুনা কৈগী তুংদা দম্ তারে।
অফিং অকাই চোংথোকখ্রে চোংগে নিংবত্তুগা
চপ-চানা থোক্লকরে। কৈদো কৈসু শাওখিদে।
চোংথোক্লগা কমত্তুনা খুমন মাযু য়েংখরে—
মূত্তি অত্তু উবদা "কক্লেদকো মহাক্লে!
ওসি নংগী নথুংতা লানবা ওইগে লমজা-ও।"
খল্লি কৈগী মবুক্তা॥ খম্বা কৈবু য়েংউদে।
মতাও নাক্তা চংখ্রে। মতাও মশক য়েংলকই।
মচু হাইকেৎ তাইরম্মে। "ঝারক্মবো ইতাও-বু!"
হায়না খম্বা নোংবানবু কোই মিংতা পি সিম্মে।
মঙৈ থক্-থক্ নিক্তুনা তারম্মে নোংবান মাদি।
নোংবাম য়াম্বা ঝারিবা লৈথোন্ অসি উবদা
নিংশিং-ঝিংশিং কপ্লকই খম্বা লৈবা ওমদরে।
"করম্-বদা পোইত্তুনা অদি য়োরম্ মিবক্তো
লৌশিং চাওবা অকনবা পাথৌ ইবুংঙো নংদে।
ঐদি করি ওইরদি—ঐসু নংগুম্না ইতাও
দোশা অসি কংগনি নিংই ইতাও ইবুংঙো।"

খম্বা থমোই শোকমথৈ হিক্লা হিক্লা কপ্লকই।
লিক্লাং চোইনা ভায়বা কোংয়ানবৰু খম্বনা
লোক্লৌ শানা কোংথংলে ভেরা মোম্পাক কুম্মবা
লমজা মতম-বাক-হুদা। "ইভাও-পাথৌ ইবুংঙো!
ঐ লাকএনে খম্বনি, লমজা নত্তাও খম্বশে
ইভাও ইবুংঙো নংবু ঐগী ইথোন খংত্রব্রা!
ইতাও নমিং পাংথোকউ—চেক্লা থম্বা মকুগোই
মায়োক্লখিসিগবা! ইভাও খুমখিত্রবদি
খম্ব ঐবু শাওবরা—ইতাও 'বুংঙো তাত্রবো।"
হায়না নোংবান মত্তাওবু কৌনা কপ্লকই খম্বা॥
ধর্ম্ম কাইদবা খম্ব ইত্তিং তিংবা পুকচেম্না
মরুপ প্রেমদা লুপ্তুনা চন্দোম মনম পুরবা
মলয়াগী মুংশিংকুম ইংনা কৌজরকপসি
তায়—নোংবান। ঙমখিদরে—"ইতাও লাক-অবরা"
হায়না খুমগে শিংবম্মু মিৎমু পাংবা ঙমদরে।
নোংবান খুমগে নিংবদা নিকই মতৈ থক্-থক্লা॥
"ইতাও-লাই শোল্লু" হায় খম্ব। নোংবান থদাং নিকই।
মরৈ তিংথোরক্তুনা লেকই মচিম্বান হুদা।
"হিঃ—ভাংজ-নরৈতোম্না চিম্বান লেকপদি, ইভাও!
ইশিং থকে হায়বরা?" হায়না হংই খম্বনা।
খুম্বা ঙমদে কোংয়াম্বা-"মানি ইভাও" হায়দুনা,
ঈংগিৎ ওইনা তৌরকই। "করে ইতাও অহুদি,
শোকউখিগে" হায়দুনা মত্তাওবু ইরেন থাংথৈ।
পাম্বা মাবু লেংদুনা—"তুরবা লানি মাসি
ধর্ম্ম কায়নগনুসি। লমজা ঐগী ভুংসিদা
শোক-অমগম্ম নহাক্না" হায়র্মকই। হুদৈ অমুক—
থোংলেন মপানা ভাকপা কৈম্না চংবা থোঙ্গদ

হায়খিবা ধর্ম্মনা মতাও অমুক কোইরম্মে।
পাম্বা মাম। ইউ-ইউ। মবুক ইপেন্ন পেনখম্মে।
"চংঙোই খম্বা" হায় হৌই। মমায় অবাং পাংলক্লে।
নোংবান-ভাংজ লৈনৌবম্মা ওন্‌বদি-লা, লপ-লি
হাকুম্, কৌশাং থক্কা-লিনা-লা লৈহৌ খাংগম্মা
নামিবা লাঙ্গোন-অরেং থৎলহনা নোংয়াইনা,
লিল্লাই মহিগুম্মবা লোকী লাইজ অহুবু
ইমু-ময়োন-শৎলক্লে। মতাও নাক্কা পুরক্লে।
"ইতাও নখুৎনা থক্লেরা ঐবু ইল্ল্ হায়ব্রা?"
হ ই মতাও য়েংহনা—ইল্ল্ হায়না নোংবাম্মা
ইঙ্গিং তৌই। ইশিংদো ইল্লি খম্বা মতাওদা।
"ইতাও—খৌয়েক্লগনি—তপ্পা থকউ" খাম্মকই।
চাক্লবা নোংবান মাগী তাক্লে ইন্দ্রি মুংহদা।
ফৈনা কৈগী য়াখুন্দা লাইজ অহু থোরক্লে।
হিঃ—হায়হনা খম্বনা মতাও খদাংচেৎ মম্রি
লোয়ে য়াখুম অহুবু, মোংয়াই খুংকা লোইনম্মা
মেল্লে লাইজ ইল্লকই। ইশিং চনিং তায়ক্লে।
লাইজ হুনা তাবদা নোংবান মমিং পাংলক্লে।
বাহু ভাংবা থোবক্লে কাং-খোঙ্গেন মুক্তি চাওনা।
নোংবান মমিং পাংলকই। নোংয়াই-মতাও য়েংহনা
"ইতাও ইবুংঙো খম্বা! নংঙোম্মা ঐনা লাম্নবা
নিংশিঙভিদো মরুপ্লোই। খংদবা নত্তে থংই।
উদবা নত্তে উজেকো। থাম্মোগন্থ নহাক্লা।
নং-ঐ নৎতরবদি লীলা লৈতবদগী
ঐখোই 'মিগী কুম্মৈবু ওইরম্মেদো ইতাওবু।
নিংখিজবা ওইম্মেদি ঙগদৌনি অহুবু
য়েরুবগী কুম্মৈদি ওইরম্মেদো মরুপ্লোই॥

ৈল হেকপা সুমিংতগী হোৌরবনিনা ইতাও !
ঐনা লাল্লি লমজেনস্ন—ছুম্ন নংনা মথোইদো
লাল্লবদি নংনিদো—সুল্লাস্ন নংনা মথাই।
কাও-ফাই ঐনা য়েংলি ছুস্ন নংন' মকাইদো।
'উকাইদি ঐ য়াওদেদো নপু-নমাই অনিনা
থোকপনিকো মরুপ্পোই। হৈজিংস্ন ঐনা লাল্লি।
শামু থোংস্ন ঐ লাল্লি, হোৌবদি চিংথুবনা
হোৌরবপনি মাহুস্ন। লোইগী বিচার অহু
ঐনা লাল্লিদো খম্বা। হোৌজিক ফাওবা ঐ লাল্লি।
ইরাম ইপোং-ফাহুনা কৈথা থারে হোৌজিক্তি,
ইতাও-ইবুংঙো ঐদি পাম্বনা চিংগোইরে-দো
কৈরেনা য়াথোং লোল্লে, পাযম-শবা মরুপ্পোই
কৈরেন-চিন্দ্ৰুমরেকো-মরুপ নংদি বৈষ্ণব-নি
ঐদি মহামুর্খনি। নোংবান্না য়াইবী-মাঙ্বা,
খম্নুং নীরৈপুং সরায়-মীরৈপাক চৎপা কান্দা
পিদৌ নহাক্না লম্বী। কোকপিয়ু নৎত্রবদি
খংলরোইদো লম্বীসে। 'খম্নুং লৈপাক য়োৌরগা
শাকম-লাক্ষম অতুনা নরায় শেক্তবগী
মকৈদি বৈকুণ্ঠদা নয়ুম ওইহুনা লৈজ্রৌ'
হায়না পাথৌ ইবুংঙো বোর পিনবিরোবা।"
হায়না মোইরাং নোংবান্দো য়েঙঙমদনা খম্ববু
চিংনা চিংনা য়েংহুনা, মমিং অন্নি অহুনা
চাল্লবা মপি তারে হিক্না নৌনা কপ্লক্লে।
ইপান্ থানা লোইরবা, তুরেন-পাংগন-শোল্লবা,
মবুক শিংপা লাইজদি নিংথম্ ইচেন অপিকপা
অরুবদি লাইজনা নোংবান থমোই কোয়রকলে।
খম্বনা "ইতাও 'বুংঙো! কন্নি য়ামো—মরুপ্পোই।

শোয়ন-হৌন, শোকপা হৌনবগী শোকপদনি।
মশিরনি হায়দুনা নিংঙবোইনা নহাক্তে !—
ইতাও ইবুংঙো ঐদি শিজরগে অসিদা
ঐনা কল্লুখিদুনা করি কায়গদগে !
চোপ্প-থোদাং ওইরবা ঐনি পাপ চেন্নবনি।
হিংজনিংদে মরুপ্পোই হায়বিরম্ম পিবিরো,
ঐনা অস্সুম লৈরগা হেংগৎকনি পাপ-অসে।
পাথৌ 'বুংঙো পিনরো—লানজরগেনে খম্বা !
খম্বা করি থুমদবা ? নংগী সুংঙাইত্তববু
লৈরিবরা ঐঙোন্দা কোকপিরোবা নহাক্লা !
বোর অহু 'মত্তদি পিখিয়নে নতাওদা !
য়েরুবনি হায়না নংনা থাংবিবা তৌবিরম্ম।"
হায়না নোংবান কপ্লক্লে। খম্বা থাংবা ওমক্লে,
হিক্ল কপ্পা হায়রকই—হরিনা কৃপা লাইজ
খিকপিদুনা ইতাও অবাবা কোকপ-চুবু
ওইরসম্মু মরুপ্পোই। বৈকুণ্ঠবু হরিনা
পিনবিরসম্মুকো রাহে কারন চন্নবা
নংগা ঐগা মমাংঙৈ লৈনরম্বা পুম্বদো
কোক্লরসি" হায়দুনা খম্বা মখুবাক-চুনা
মতাও নোংবান-নাপ্লক্লে। নোংবান্দো খম্বে থুংনা
নানবদা থর ইংবগুম তৌই কনবগুমম্ম হেক ॥
নোংবান্না "পাথৌ 'বুংঙো সুংঙাইদা নংগী থৌজান,
নোংবান কংজবমক্তা থর কল্লে ইশাসে।—
ঐনা মত্তেনে হরি মাগী থৌজাল মক্কনা
ইংবনিনে মরুপ্পোই। ইচন থম্বান মানবি-শিং
ইনেম-ইবেম্মখোই থ্বাই উনরম্নি রারম্ম।—
খম্ব ! ঐদি হবেল্লি হয়েংনিম্মু থংদরে।

ঐগী প্রাম্না লৈরিঙৈ, শিন্নরগে নংঙোন্দা,
নচন-অহম অচুবু।" হায়রে নোংবান, খম্বদা।
খম্বনা "ইতাও হায়রু" হায়রুনা থাম্মি নোংবান্দা।
নোংবাম্না—"সিনি মরুপ ঐনা হায়বা বাকমদি,—
ইরন-ইথুম খরদং নোংবান ঐগী লৈবদো
য়েনখিন্ন মতিক চানা। নচন্ অহম অচুবু
মীনা লাকচরকপদা 'ঐ লৈম্মি' হায়রম্ভুমা
চোংথোকপিন্নবে নংনা। মচা মবা লৈখিত্রে
হায়রদুনা মথোইবু লাকচ-খুদুম চনববু
মীনা তৌহনবিগনু।" হায়রকই। খম্বনা হায়—
"করি লাকচগদ্রগে ঐ লৈম্মিদো ইতাওবু।"
সুম্না খুমই খম্বনা। নোংবান অমুক খম্বদা—
"ইতাও ঐনা নঙোন্দা থাইদৈ লুনা অমগা
শিন্নজগদবা 'মা পাথৌ 'বুঙো তাবিন্নু।
মাবু ঐনা সুংশিবগী নত্তে, ননাও তোম্বী
কুমাখম নিঙোন অদো, লোইদাম থাবুম সুদোবা
তরানিদা মঙাইরে। হৈরাং মপুং ফাপ্রবী
তাওজিং মরু পনপ্রবিনি। নচম্না থোংনাং
কাওবী মনা নিরুকপা মতমদা মপুরোইবা
নিংশিংলকনি ঐবু, চিন্দি থোক্তা থমোইদা।
মিংতা পি তারকনি। বায়-মতম অসিদা
পাথৌ ইবুংঙো নংনা- সুজা কম্মি বাবগে,
নোংবান হায়ববু ঐনি, ঐসু নোংবান্নি হায়না,
বাবা কোক্লো হায়দুনা নথোং-দু থাংগৎতুনা,
নচন-কোক্তা শো কপিন্নু। ইতাও 'বুংঙো কাওবিনু।
পুরুংদগী মনিদো থাংজি-চিপাৎনববু,
লোইমোম্-ফৌগংনববু থোকহনবিগনু নংনা॥

"মুপী ওইরো অভাংদো—ইতাও 'বুংঙো পুরুষবা !
ইমান-শ্রোংশ্রেন-থোংলেমবীনা, ইভৈমা-ইবেম্মা,
মুজা থম্ কৌবিমু মুনা তৌবা অহুঙম,
পুয়োক-লাংগোনবিহুনা পোকপিগনি নহাক্না।
শাংবা-লেপ-কাম্বদা নংনা পাম্বা নম্বাক্তা
খাজৌ-য়োনজৌ ইভাওনা। পাথৌ 'বুংঙো নংভোন্দা
শিন্নগেদো নভাওনা ! নিপা ওইবা থোক্লগা,
থোংলেন চাওবা অনিশা, ইতাও নংবু চানখঙম
মচাহুবু চানবিমু। পাথৌ নংনা পানব-ঙম—
শেম্বিযুকো পান্নবা। মাহু তৌবিদহুনা,—
তাংজ মাঙম কৎতবা মহু চাওবা নোংবানশী
মচানিদি থন্দুনা মপা হাক্তক অহুদা
অসুম অসুম তৌশিনা হায়না পাথৌ ইবুংঙো ! -
কয়োং খুকুম-মুগলু।" হায়না নোংবান মহাক্না
মতাও খম্বা য়েংহুনা চিংগোই মপাও মেল্লকই॥
খুমন মানা—"ইতাওবু নিংহৈদেনা করিনো !
করি ব্বানো হায়হৈদে। ঐ হায়ববু নহাক্কি
নোংবান হায়বস্থু ঐনি করি ব্বাক্করিবগে !
মাহু তোকথো মতম্রসি, পাম্ব-কৈনিংচিং লৈরি।
চংসি ইভাও" হায়হুম্বা পোপ্রে খম্বা নোংবানবু॥

---

## ১৭

# খম্বনা নোংবান পোত্থনা পল্লুংঙ্গী
# থোরকপা

লমজা খম্ব মতাওগী প্রেম্‌-হুনা কনখিবনা
পোদবওম য়াংনদি খম্বা খোংফাপ বাইরকই।
মতম সিদা নিংথৌনা—"কৈনো কুইমন্‌খয়েনা।
নবাক মথোন তাখিদ্রে।" ময়াম লাওনৈ অহুম্মা॥
চিংথৈদা সগাই তোংবা কাংবুনা উরে—"লাকয়ে,
পোরে কব্রিনো পোরে! শোকপা তারে পাম্বনা!
খোংনা কনানো অহুগা নংগম্মা কনাসো?
খোংনা খম্বনি—নোংবাম্মি, মানি কৈনা শোক্লে।"
হায়নরক্লে। তানরে, অঙোম শাগৈ, মম্নয়ে—
অমুনবা মযোং কেন-বওম্‌ তানখরে সগাইদৈ।
হায়না হায়না খম্বনা মতাও নোংবান পোত্থনা
সনা মাংদা থুংঙরে। মপু সনা য়াথংনা—
"খুমন ইবুংঙো খম্বা খোইরেনতাক্কী পল্লুংদা
চোইনা তাবা লিক্লাংবু চোইখোম খোয়া পুরকপা!
লিক-মপুদি ঐ নত্তে। লিকী মপু অঙোম-নে"
তাকপিরকই মনাইদা। লমজা খম্বা—"ইনিংথৌ!
সনা মাংদা থারগা সনা য়াথংনা কোম্না
খিনবিবনা। নিংথৌগী শানিনা মাংবা য়াদে
ননাই ঐহাক্লা মপুই সনা মাংদা থাজবনি।
ইনিংথৌগী মনাইনি ননাই ঐস্থ মরুপনি॥"
সুম্না মতাও নোংবানবু সনা মাংদা থারম্মে।
থোংলেন মপাই মনাক্তা নোংয়াই ফম্না ফম্মুরে॥
হৈরাং অনৌবা চারে মকু মবাই মপানে

পোংথাহুনা লৈখয়ে। ওয়োকপগী মিথঙ্গেংকম
উংলি তাইবং খলিদা ওসি খোইরেন তাকলিদা।—
অঙোম শাগে মখৈনা নোংবান পাম্মুবদগী
খম্নুং খিংনা মিম্নুং চাক্লা কপট বাখি 'সোমদা।।
লিক্লাং চোইনা তারবা খোংবান মশক উবদা,
পিশক পিকঙৈ মনাইনি, মনা চোরোম খল্লকপা,
খল্লুহুনা শিংথৌগী সনা পূক্লিং লাংথয়ে।
"পাম্মুই হাই, নোংবান ! সিবু থোকনি হায়হুনা—
যাদেদো নোংবান মংনা" হায়না খোল্লি নিংথৌনা।।
মন্তম কুইনা লাংলবা লৈচিন খেংনা বাংলবা
ফুরা দোলান অঙোমগী নমথখয়ে লৈখাদা।
সনা মনি মুক্তাসু পাইখ্রে উকুল ওইহুনা।!
"শানা কৈনা শোকপদা হৈবা কনা লৈবগে ?
নোংবান কনবা ঙম্বদো মকোক সনা য়োম্লগে।"
হায়না লাওই নিংথৌনা পাম্মুখরে নিংথৌনা।।
চোংথোকখিগ্রে কনাসু চংই নিংথৌ মাইবনা !
মিহুন য়েংবা মঙাইরে। "কৈনা শোকপনিনা পূক
সুবমদি কায়রোই।" হায়নৈ লৈপাক মীয়ামদো।
"ইপাই ইবুংঙো ইপাদি খংদে সুম্‌, থোকনি
হায়বনেদো ইপানা, ইপাদি মাঙেও নোংবান !
সুম থোকনি হায়বসি শংজরদি ইপানা
ইচাই খুজেং পায়হুনা থামগদনিদো মংবু !—
ইনিংথৌ ! বিষ্ণুনিদো ! ইচাই খরাই-সিদদি,
কনবিয়ুকো মপুনা ! অতেনববু শাংহনবা,
অশাংববু তেহনবা মপু সনা চোরোমি।"
হায়না অঙোম নিংথৌনা মপু সনা মাংহুদা,
মচাই মশক অমুক-য়েং, সনা চোরোন অমুক-য়েং

ইন্দ্রি পুম্বা কাম্বহুনা হংগৎলকই নিংথৌদা ॥
"অঙোম নিংথৌ বাগম্ব্ হরি কৃপা তৌথিনি
মাগী কৃপা মঙাইদো" তাকপি অম্মুম্বা হায়না ॥
লৈপাক মীয়াম ওইবনা "মাইরেন থোমম্ম্" হায়নখি।
লাই-মনাই হাম্বজিগী হাওখ্রদগী মাইরেল লৌরুই।
তম্বা থোরই, নোংবানগী মশা পোমথৎলে।
মুংলগা থোম্‌গদবা সুগাইহুনা থোম্বনা।
ইরোইমুৰ্ক চাওরে নোংবানগী অশোকপা মশাদো ॥
কান্নদে হায়হুনবদি মহু তম্বা লোথোকই ॥
নোংবান পোকপা মপাদো প্রলয় মৈগুম শাখরে।
থোইরেন তাকনা ইকং ওই মচাই প্রেম্বা খাম্বী ওই,
থোংনা লাওবা চাকলবা লমমৈনা কোয়শিনক্রে।
হংগৎলকই —"ইনিংথৌ! ননাই ইচাই খবাইবু
কমবি'-ঙমগদবদি ননাই ইবাই অথৌবা
থোংলেন-মন্ত্রি মঙাইরে, চোরোম্বা অমুক্তদি।"
নিংথৌনা "চুমইনা-হো।" হায়না মপু চোথোম্বা
লেংখৎহুনা কৌরক্লে—"হো ইপু মন্ত্রি,—অজ্ঞা,—
সোম্দা-মুক্তা-লাওগবা! সনা য়াথং তাকপিসি
ননাই ঐদি 'হুনদি চংনিংদরে ইবুংঙো!—
ইপু শাওম্মু, অশাওবা মৈ-মুংপিম্মু মন্ত্রিবু।
ঐবু পুক্লিং মুংঙাইত্রে, কল্লো, নোংবান-মথবাই,
ঐ নকোক সনা য়োমগে!—মুংঙাইদা ইনিংথৌবু!
ননাই থোংলেন ঐহাক্তি—অথুংবা খংদে হায়বা,
উরগা উদে হায়বা হায়জরক্তি, ইনিংথৌ।
ঐনা য়েংলবদি মতুংগীদি খংজদরে,
তম্বানি মঙানিসি ঙমগনি পোৎথাহনবা ॥
সিবু হায়মখিবনা কল্লি হায়নখরেদো

চৈথাপ্তা ;   অসিদমক্তু হায়খি—অকোনরক্লা জক্লা
সিদা ইচানা লাক্লে অরম। শোকপা থোক্লে
মীচাদা থোক্লে ফরে লেংথরবোই হায়রূনা
রাশকথদে মনাই ঐ থাং-তিক্লুনা ইয়ালা ॥
তুমবদা নোংবান্না খুমন ইচা অসিবু
ঈনা ইঙাং-ঙাংহনা মনংগন্দা পোত্থনা
পুরকইবা সিনা জোইদে ঐখোই মোমন্নীদি।
তুরথা থোকএ ইচারা, পুথোরকপদি হারন্নু,
শিকাৎতবা থোক্লথা তানা খিন্নুনা শোইদে,
হাৎলমগদবনিদো। তৌজররোই মমাই ঐ ॥”
হায়রে খোংলেশ য়াখিত্রে। “খোংলেমগী য়াসি চুমই
তৌবা য়াই নোংবান নাদি।” খৈম্নে ময়াম অহূমা ॥
নিংথৌনা—“চুমই ঈপু! অমখদা তেন-কাপ্পা,
ইশিংদা সিল্লুক তথা,) বানি মন্ত্রি মাক্লুন্নু,
ওইবা ওইদবা অনি ঈয়া য়ান্নিবনিদো।
সিবু উন্নি ঈশ্বর না। তুমেদো নোংবান অসে,
আতুম-ওইরবদদি য়েংবিবা হায়বা অসি
হৌনৈ মন্ত্রি চংলকউ।—অজ্ঞা! তাকপিরগন্নু!
মাংগী লমদাং শাংথরে, হোবেন হয়েং খংদরে !!
অঙাং ওইরিঙৈমন্নু, রাকম হোঙক্লব্রদা,
শিরমদাইদা থোংলেম্না কক্লম রাশক কায়সিগে
সৈতনা হান্দোকথরে হোৱাইনা খাইরবন্নু,
হু-মঙাইরে মনাই ঐ।—হাই-হাই, সে-মঙোন নিংথৌ!
গুরু থন্দবা মংদে? মচা রারক্লনবা
হায়ন্নি মপা মমাবু, ওঝা গুরু হায়রিনা
মচাবু রারক্লেদি নিংথরগা লহাক্লা
নংনা কেগে চৈরাপ্তা ’ঙক্লা ওইনা কন্নগা

মচাই মীচং চংখদো কাওব্রবা মহাক্কে !
করি কপই হৌজিক্কে। কেত্রি নথত্রা কখিনো !
শাদা লান্দা কম্নদি নিপ্পু বুংত্রা কপকস্নু।"
হায়রগা মোইরাং খোংলেনবা পুকচেন কনবা যোম-ওয়া
অওইবদু লাওখক্লে। মচাই মৈনা চাক্তনা
মৈতাল-ওইনা লৈরিবা অজোম নিংথৌ মকোক্তা ;
য়োংস্নুক-কুম্না লুম্ববা খোংলেন মাথং অহুনা
ফুবিকরে অয়ুকা। নোংবান পোকপা মপাদো,
মোইরাং লৈপাক মমাংদা উকুল ওইনা তোইখাবে।
অমাবসে ইকাইবা অসি' পোংস্নুম মক্তনা
চংনা শিরে লৈজরে !! খোংলেন নিংথৌ য়েংহুনা—
"ঐবু লোয়বা ইবুংঙো ! ননাই খোংলেন হংগংকে.
চিংনহুনা কাম্নরোই, নোংবান কনবা ওন্নরোই
সিদৈ থিকুপ অমত্তং চোম্নখিবা থোক্রদি
মরম লৈরি, মতমসি হেনখিগদৌরে সিনা,
হোৎনহৌসি ওম্-মথৈ।" হায়রে। মোইরাং নিংথৌনা—
কনা উত্রে অথৌবা, নং নত্নবদি ঐখী,
করম তৌগনি মত্তি !—করি বানো ইবুংঙো
লৈরি ঐবু হেনবা মী।—হিঃ ইপু ! কনানোনে ?—
পংইদকো ইবুংঙো ! ঐবু হেনবা মীশক-তি—
আহু, আদা থিল্লিবা চিংথক্তা লেম্নুং মখোন,
তাবিদনা, তাবিত্রা ?—তায় ইপু। -থাসিনিদো.
সনাং মান্নবা কৌবিরু। মঙোন্দগী ওংনি
ঐদি কৈস্নু থংত্রবা - মাতনা ওমগদনি।
ননাই ঐনে সনাংনে, মনাই খম্বা পোকপনি,
ইতাও 'বুংঙো পুরেম্বা ননাই ঐখোয় অহুমসে,
ওক তিমজবনি সনাং মানা অহুমি,

ননাই ঐনা মথংনি। খম্বা হায়বা ননাই-দি
মপা অহনগী মতাম্দি, খৈ বা অপূবা
লোইনা তাবা-জনাংনি। "লাক-অম্মি অসাইদম্ !
মোইরাং হায়বা অসিদা ঐখোয় লৈরি হায়বগী
লাকখিদবনি পংনা। ঐখোয় লৈতরবদি
খম্বা য়োল্লগদৌনি !! থুমন অঙাং ইচাবু
যুৱরাজ-নোংবান 'মিনা মোইরাং খোরি কৈথেল্দা
হাংতোকপিরম্মবদা থরাই মঙা ইচাগী,
কৌরুদুনা মপানা লোহৌববা থরাইবু
হাপ্পী অমুক হিংহনবি, ওসি কাওবা হিংজরি !!
অওইবনি ইবুংঙো সলাংমাগী মগুন-সে
হংথিযু ননাই চাওবদা হৈগ্রবা নিপানি ॥
চুম্ম হায়রুবনদি সলাং লাক-ওই কান্নরোই।
খম্বা কৈনা শোক্লেদি হায়হনবিরু দু-দদা
কুম্মকদি মাসিদা য়ারোই মীনম-মুবদি
উদি মানা শিং-শিংনা, সিমকপু থোংলেন ঐনা
লাও হায়রকই হায়রুরো। শাওনা লাকনি সিদা।
লাক্লগা কোন্না সিদা থেমগে ঐনা থোক-থোকপা।"
হাযম্বে থোংলেন মন্ত্রিনা। সনা মাথং পুদুনা
চেনখ্রে দোলাই পাবনা। সলাং নাক্ত য়োবদা
হাযগদৌবু ওমদরে, হাও ময়াম চংলদুনা
মপু মোইরাং নিংথৌদা তৌবা থৌগল দুদগী
তৌরি হেন্না লুবদি, মাদু উরুবদুনা ॥
লোক্তা ভাবা ছি-য়াই-গুম সলাংগুন্না নিংথিরি !!
অহল-ওইরে সলাংদো। দোলাই পাবা শিংদুনা
করি হায়না কৌপনি অজা হায়সি হাম্ব-ওমদ্রে।
জ্ঞান মাংলে থুক্ত থুদক কুম্লুরে সলাং মাংনা,

মথুং লোটৈ ওকখরে। তুমিন অহুম লৈখোক্রে।
সনাং মানা "কনানো" হংখিরক্রে। "ঐখোয়গী,
মোইরাং য়েংলাই পাবনি— মমানবা নিংথৌবী
মোইরাং নিংথৌ মপুগী সনা য়াথং পুহনা,—
করিবানো হায়রেদে, ঐদি করি লৈতবা
হাওনি নিংথৌ মনাইশা—হায় করি মমনবী—?
সনাং নিংথৌ ইবুংঙো, মপু সনা য়াথংহ
অশেংবা মক্তি থোক্কে পাওখাং ওইরে, অথৌবা
নতাও 'বুঙো থোংলেম্না তাকপিরকপা য়াথংদি ॥ -
কৈনো করি হায়রকই।—নঙাইবুংঙোনি হায়।
খম্বুই মৌপুবা খম্বা, পম্বুং চংবদা শোক্কে,
মচাই মথবাই কল্লো মহাল মুকস্থ কনবিরে,
হায়রককই নতাওনা!—হিঃ করি! করি বানো!
ইপাদদি তাক্তানা, মীনথুই কনা লাইনা
নশক থংগে ওসিদি!" হায়। সনাং মিং ঊইশিনখ্রে॥
সনাং মানা হংবদা—"নচাদি শোকস্থ শোকত্তে,
অশোকপড়ি লোংবাননি" হায়না খুমই। সনাংদো
মমিংতম্না পাংথোকই। নোকই। দোলাই পাবদা—
"মোইরাং নিংথৌ মনাইশা ইচাদি শোক্কে, শোক-ওই।
করি মতিক শোকখি। শোকইবদি লোংবাগি।"
হায়রে কিরে মহোয়দো। সনাং নিংথৌ মথৈদা—
"করে অহু নঙাইরে—য়েগে চদি থোংলেননি,
তৌবগীদি মামক্তি লাকহনিংহনা ঐবু
তৌরবোইরে পাপী নি মীনথনি অনিনা।"
সুম্না থবখি মখুকা চংসি চখনি হায়হনা
থোংশান-নক্রে নজাংদো। থোংলেন কায়টৈ য়েংহনা
সনাং মাইবা লাওরকই—"হো ইকাও অথৌবনু!

ইচা ঙাইরমখো হায়ু। ইচা থংলমখো নংথা।”
হায়বা সলাং মথোন্-সি—ভারে লৈপাক মীয়ামা।
ভারে থোংলেন মহাকম্‌। সলাং থোংলেন ঙমহৌনা
তাংথক লৈতে চংলকই। থোংলেন নিকই কিধনা।
সলাংনা—“থোংলেন্ হায়বা! ইকাইদবা মীনবা
ইচা শোক্লে হায়বদায়?” থোংলেন মামা—“ইভাঙবু!
শাওম্‌ নংদি সিংথোম্নি নমিং ভৌবা মবুক্লি।
ঐদি মীগী মীচেংচা মী-ঙা ফংবা ওইহনা
নতাও থাংবা ঙম্মুদ্রে—মীনমথরে। করিনা—
ঐনা কৌদরবদি লাকওইদৌরি হুমনি।
শাওম্‌ ঐনা বাকোংগে।” হায়না থোংলেন কুমথক্লে।
সলাং মতাও মমাংদা খুক্লখুদক কুম্নরে।
সলাং মানা—“হন্নুবা! মীনম্বদি নহাক্না”
হায়না খুংভা পায়রকপা থৌর তোরথাংহনা
মখুং অনি থাম্মনা হাইগৎ-হাইগৎ মঙাম্বক
য়াম্লে থোংলেম মনমদা। “দং-নাদরদো পাপী।”
হায়না চৈরে থোংলেনবু। হুদৈ অনি কোম্বরে।
অউ মথৈ ঙক্লখি। নিংথৌনা—“করিনোদা”
হায়বদা সলাং মানা—“ইবুংঙোবু মনাইসে,
মীনমম্মিনে ঐঙোন্দা হুগী বারকইবনি।”
নিংথৌ ঋষি ভাবদা গংগা ইচেন ওইরবা,
সলাং-থোংলেন অনিগী লাইজ হুনা চোংবদা,
মপু মনা মায়থোংদো চোৎক্লে লোইনা পুম্নতোম্মু।
মনাই অনি অসিবু চাকথরে হান্দোক্লা।
সলাং মাবু নিংথৌনা—“ইপু সলাং নিংথৌবু!—
অজ্জা!—ঐগী ইথাংদা হেক্ প্রানমক্ মাংবে-সিবু
ঐবু ইপু করম্না ইথিংলিন্দা য়েংজিল্লে?”

ইপু খোংলেন নত্তাওনা হায়জক হায়ু ইপুন্দা !
চুপী ঐনা কৌবনি। নুমিং তৌবা নিংথৌনি,
নমান্নবা ওইরবা ঐনা কবম কৌগনি
হুনা য়াখিদ্রবদে কৌহনবনি নতাওরু।
চুম-কৌত্রবনি লাক্লমোইদি খমবগী;
ইপুই থবাই ওইরবা খুমন নচা খম্বমু
পম্মিংদনা পল্লরে। বাম্নোগমু ইপুনা।
মোইরাং ঐগী মন্নুংদা নোংবান কনবা শুবমু
নকোক সনা য়োমগেদি থিরে ইপু খংদবে।
নোংবান হায়বা অসিনমু ঐগী পাম্বোমনি
ওইথংরনি ইপুবু! নচা খম্বা লৈবদি
ময়েং অমি হুদরে নোংবান, অসে কনখিয়ু।
ইপু করি হায়বগে ?" হায়রে মোইরাং সলাংদা।
মপু মোইরাং নিংথৌগী ভাংবা তাবা খোঞ্জেলদি
মুংশিরবা কোকিলগুম, কোয়ৌ থক্তা বাংনদি,
ভাংবা শাংপা লৈনমদি শিঙেন মাগুম মুখবনে,
মপু কোনগী মপূগী সনা য়াথং অহুবু;
অহল-ওইবা সলাংনা তাজবদা ইংথরে।
সনা লুপা পামদবা সলাং নিংথৌ মহাক্না
লোইনা খংই য়াথংদো—"কজে কজ্জে ইবুংঙো !!"
হায়না হাওগী পুক্লিংদা নিংথৌ মাবু থাগৎলি।
"করি থাক্লো ইবুংঙো! করি লৈজত্রবনি
হাওগী জাংতা পোকপনি। তোঙৌ হায়বিরে লোইরে।
ইমাম্নবা নিংথৌনি করি ভাকপিকবগে,"
সনা লুপা হেক্কবা সনা চৌংগোন থৌগমি
হত্তিক চাদে তৌবনি।" হুম্না খুমজে ললাংনা।
নিংথৌ অমি থাগথকে। নিংথৌ খুম্নম জামহুন্না।

সলাং মাইবা চংশরে— নোংবান মাবু য়েংশরে।
নোংবান মাগী মশাদে কৈখী হু-অপুমদো,
মন্ত্রতগী পাংগম্মা লোইনা পুমখোম খোমজিল্লে।
সবেং মচি থাহনা লৌথোকখরে হু মথৈ।
হুজম্ হিদাক হাপখরে কৈগী মাখুল খুদিংদা॥
মায়কৈ নিপান য়েংহনা নোংবান মাগী লোক-তায়দা
য়াতোন উতোম্দা পলহৌবা জীব পুম্বা কৌরে।,
থুংলবদা মন্ত্রনা য়ানা ঊম্না থবাইবু .
কারে। সলাং তংহনা লবাই কোয়রেন ঊমহনা
জীব পুম্বা হাপখরে। শিদ-নাদ-য়াট্টি-হনা
মশা পুম্বা নানবিরে—মতম হুদা কোংয়ানবা
শোক্তবগুম পাম্বনা মমিৎ অনি পাংজরে॥
চোংথোক্ত্না কমখরে সলাং শিংথৌ॥ নিংথোনা—
"ইপু সলাং শিংথোবু!—অস্তা সনা শিংয়েং তুক
তাবিগত্রা, ননাইশিং অঙোম মপা মতোম্দা— —
অঙোম নিংথৌ কমদোই? সনা য়াথং হংবিরে।
অঙোম নিংথৌ চোংথোকই—ননাই ইচা শোক্তয়ে
পাম্বা মানা ইনিংথৌ।" স্বম্না খুমই। অঙোমগী
চিম্ফেল হায়না কববু থর করে কা হায়দে।
শিংথৌনা "ইপু সলাং! ঐনা নংবু মীনিদি
হায়নিংদরে ইপুবু। লাইনি হায়গেকো ইপু!"
হায়। সলাংনা—"ইবুংঙো! সনা চোয়োন্ কুপানি।
হৈজবা নত্তে ঐদি।" হায় নিংথৌনা "লৌবিয়ু
পাংদবা নিংথৌ ঐনা দান্-থবদং ইপুদা
তৌজগে?—করি য়ানো চোয়োনগী দমক-জবু,"
হায়রে সলাং নিংথৌবো। মোইরাং নিংথৌ য়াথিদে।
অঙোমগী কয়ানে নিংথৌগী কয়ানে,

সনা থাঙেনা—লুপাখে মীপোং অমা সলাক্না
পিখে দতি ওইথমক; লৌরে সলাং নিংথৌবা।
হন্‌কনবা ওইহৌনা। সনা অহু লৌইহনা;
মতাও থোংলেন মনাক্তা চাওবা কৈরোইজাখনে
খথা ময়াম কমইবা চংঙ্গে মাহু য়োনবা !!
সলাং ময়াম য়েংহনা—"হাই হাই থোংলেন-চাওবা, তাও !
ঐনা ঙসি কংলকপা সনা লুপা পুথ-সে,
থোংলেন-চাওবা থম্বস্থ, নহোই 'মতা লৌফদে।"
হায়। থোংলেন্না—"হুদি ইবো ! যোমগেরা-হায় নকোক্তা,
হাই ঙম্বা সনা পাম্বা !" হায় সলাংনা—"থোংলেনবা !
ঙম্‌-ওন্‌ থুংদবা 'ভাওবা ! ইমোম ইচা ইবেম্মা !
থম্ন্‌ লুহোংঙবগা হানা-হাই য়োং ওকচাক থোক !"
হায়রকপদা থোংলেন—থাদি মথা তাত্রিঙৈ,
হিক্‌-হিক্ কপথোকখয়ে "হিঃ" হায়না থন্‌বা চপ-মায়ে।
চাওবা-খম্বা কপ্লকই। কৈরোইঙ্গাম্বা মমায়দো—
নাকল-লৌমদা লৈথোকখি। সলাংনা,—"ইতাও থোংলেন !
চাওবা !—খম্বা ! নচেমদা পাম্বি 'বুংঙো পিগেকো !
(হিকহিক কপই সলাংদো) পুরেম্বা ভাম্ব-রৈম্বা !
ইচন্‌-ইতাও অমিনা লৈখিদবা মুমিৎ-ঙৈ,
মুয়া নচেম অহুদি শেংপা চাবা খুদিংদা,
পাম্বি-ইবুংঙো খম্বা ! মনিং থুংঙকুত্রবিম্রি।
পাম্বি খম্বা শাওগন্থ ঐগী শরুক থুংবিদে
ঐবু মীথাই ইপানা ঐদি পিদে—হায়হনা
থন্‌গন্থকো নবুক্তা নচেমদা ইপা পিগে॥"
হায়। "লোংথান-দখিনা মিদি মতিক চারে ইচাগী"
হায়না জগোই শাথরে সলাং মাইবা মপামা॥
উরে লৈপাক্না—"কৈনো !" হায়নৈ পুম্নিন নিংথখে।

নোংবাল হিংবগী অগোই শাৰিঙ্গ্নি হায়মদ্রে ॥
মলাং মাইবা হ্লাওয়রে—"ঙসি কৌবা মেৰোঙ্গী
ঐগী ইচা খম্বনা পাম্বা ফাব্রবা তুম্লো—
চাক্-খাবগী তোরৈ :থেক, নোংব-হন্‌বা-ঙম্বা-থেন,
শিঙেন্-থঙ্গাল-লৈকাহ্না লাইঙ থক্লা ভাও-ঙম্বী,
চিংলাং মৈগী উথহান্‌, থোইবু' পাম্বা লৈগুম্বী,
নজাইবেম্মা থোইবীবু, সনা সংগাই খুংঙাইবা,
ইংগ্রি লৈমায়-তৈবরা, পসোৎ লৈঙোই তাৰবা,
সন্থি কাংগ-নান্‌বা-সং, সংগাই স্নুমাং নিংথিবা,—
সপু সংগাই স্নুমাংনি হরি' বাস মঙোন্নি,
বিষ্ণু নংগী সংগাইনি নংগী মন্দির হায়গে,
সিদা মাঙোব চাওনা-খন্‌ লিক্লাই খুম্বী নিপান্না
মাঙোব মাগী মখোং-ওই, কীজং নোংশং লৈনা-খন,
ভাবোক চোম্না তিনবদা সনাই সেম্পাক থক্তগী
থাদোই সুনা খুৎতুনা লৈরাং পরেং লোহ্নুনা,
ইশৈ শৈদা পুং-লোনগা খোংথাং চানা থাংহুনা,—
থাগী ফাবাংজি থক্লা পসোৎ ফীঙৌ থাৰবা,
ফানগী নাকন মঙ্গিদা লৈনা-লৈতেংনঙ্গবা,
চিথেক মঙ্গি ফীবান্না নিংথিজনা লৈতেংবা,
ফাল অসিদা খম্বনা। নুম্বা মজাই 'বেম্মনা
ভরেৎলকপু কোয়হনা লৈরাং অহু হকনি
সুহোংগনি অস্নুম্মা ॥ মজাই বেম্মা থোইবীগা
খুমন ইচা তোমপোক্বা লুহোংঙবা তুং-লিম্না,—
লমেন কনা হংব-কোন্নে,—থোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো !'
সজুং-নিংথৌ-সদাং-লাংমৈ-লেন্‌বা খাম্বীজি,
পাক্ষক্-পাহ্ক্কোই লৌ, শিংথা শিন্দম মরোইবুকীজি
চিংলাইবক্তা হৌবা ঙ, মনা-না হেৎগবরা

হেন্দ-উ, বাংকবগা মউ-না বাংচদবা ;
তলা মাপী কোলোইদি—শাবা-উচান কৌর উ।
পামেল-লক্কে থোইব-উ, পামেল মাপী মতৌগুম,
চুম্ব-নাপুং-কারবী ; মরম লম্নেন-লৈতাং-শোয়,
লম্নেন-লালোই পাওবী ভেক, ভাংজ-চৈহল-লম, হপ-লৌ
কাইমন্ পাংতা লাইজ-ইয়োন্-মুংদা পোমজবগা,
ইপান-কাওনা শাংপ লৈ। থাজ মরুপ ওইবা-লৈ,
শিঙেন থরো লৈ-শুবী মুনা ফবী ইচাদৌ
ইমোম থম্ব, ইবেম্মা! পলেম-পম্বৌ অনিনা
হন্দোক্লক্লে পিরুদি—মহ্ নিংথৌ য়োকপদা
মথান্নবা নিঙেভান্-শিং নুরা লক্তা তিল্লক্তে।
জগোই তান্ ম্ব হৈররোই। অঙৌবা ফৈরোইজাম্বা
মমুম নাক্তা ইচাবু মুহোংবদা, ইচানা
ইমাক অঙাং ঙক-তুদা লৈমাং পবেং হুকপদা
তাজা মেঙ্গ: থংঙরোই, খুৎথেক খুংপু হৈররোই,
স্মুম্না হায়না ভম্বিয়ু — হায়না ননাই সনাংনা
তাকইবনি ইনিংথৌ ননাই মপা থোংলেম্দা।"
হায়না লাওরকপসি নিংথৌ তারে মীয়ামম্থু॥
থাগংঅথি লৈপাক্লা তশেংনা জগোই হুগী
অর্থ থংনথিদরে। সনাং থোর শিরম্তে
থুমম মচ' নোংয়াইবু। সনাং তজা হুনথরে।
"তৌবি মথৈ কমনি থুবৌ চেনবা লৈতরে"
হায়বিরমই সনাংমা থুমম মজাই কামদা।
মতাং অসি তৌবদা—পাম্বা কৈবাও-কাইমিবী,
নুমা অহম, নোংথাংবু শোকপশী নিরকপা'
মীথোন অসি তাৎক্লে॥ লৈমাং কোংবা লৌবিক-চাম,

"ইনম্মা ইবেম্মা!" — খম্বনা - "ইবেম্মা!"— "তাত্রা?
হা ইবুংঙো হাঁয়বম হায়নরিবে ইনম্মা?—
তাইনে।— নোংপুবাবুরা? শোক-পনবরনে ইনম্মা? -
ইবেম্মা খংদরনে!—কম দোংসিগে ইনম্মা!
অতৈ অতৈ শোকপদি কপ্লগনি নিংদেদো
নহু নিংথৌ মাদবু মুংশিনৈনে খাইসিনা!"
মারেদকো কয়রো খোরি হোংলু ইনম্মা
লাংবা পাদম্ বিয়ুবা।" হায়না থোইবী মায়কলে॥
খম্ব, থোইবী সেন্দুন্দু সিনা মাংলি হায়বসি
হায়নিংঙাইবু লৈতরে চপ-মান্নৈ মানথরে।
খম্ব লাংবা পাদম্‌লে -খোরি খোংলে, চং তারে
লাংবা কাংখন তারকই -কোকই অবাবা খম্ব
"ইপুবাদি কৈদৌদে, পাগোম চোংদে ইবেম্মা
মিং চিংদেদো অহুগা খোরি চং, - লাংবা কাংখন
তারি মতা ইবেম্মা। মুংশাখিবিরুগন্নু,
ইহু নিংথৌ কৈদৌদে।—মুংঙাইরেদা ইনম্মা"
হরাওজরে থোইবীদো। মমৈ হুদা খম্বনা—
"পল্লিংদবে মানিংদি অহুমকপু মহায়গে,
নোংবান মাপ্পি হাগন্নু।" স্ফুম্না ভাংবৈ লৈরকই।।
মজাই 'বেম্মা থোইবীদি মুরা মাগী মখুৎ-শু
হৈজ্রাং মপ্রাম শোইন খাং, চম্প্রা মখোই লেম খাং
পিথ্রাই মাংগু লৈবা-খাং খাংলেন মাগী ময়াদা
সয়া অমা খম্মগা সোরনা হেক কাম্বদা
শয়াং মাবু তৎলবা, থৌজরবা ছোরিদো
মুকথা থাদে থোইবীনা। থোইবীদো ক্রং-ক্রং চোংলমই।
ইয়াং-য়াংই মবুক-তো। "ওসি কৌবা কোরৌদা,

হায়বা হেক ত্তব-মক্তা নুরা হোরি ইপুৎ-শু,
থাংলেন সিনা থোইবী ঐ. ইমু ফীরাক থাইহুনা,
খম্বং-গৌরা ত্তানজগে থংলেন হৈনা ইনখিগে।"
লৈমকপনি ডাইহুনা। থোইরেন ত্তাকী মীথোমা
অমুক অমুক লাকপদা—থংগোন মানা পুহুনা।
ত্তগ্ন-চাকপা মৈ-হুদা মালংবনা য়ৈবদা
মৈনা থংহো হৌবগুম. থমোক্ত মৈচাক অহুবু
ফোরোং ফোরোং হৌবদো। মজাই 'বেম্মা থোইবীবু
মালেম মাগুম হাদবী নুরা খুমন চন্থুনা
নোংদোন লীক্লা ওইহুনা কাথহুনা থমকই।—
"হৌনদেকো ইবেম্মা! লাইনিং পরৈ চেৎপিয়ু
পুক্লিং তপখো নিংহৈদে! ইপাগী মনাই লৈরি,
পম্মৌ মাবু য়াওখরি ইমান্-চাওবা লোইনখি,
ফৈরোইজাম্বা চৎখিদো ইহু নিংথৌ খম্ববু
সুয়া ত্তোরে হায়বদো পাও লাকপি বাখিমু।"
মুম্বা থম্মি খামহুনা মমা ওইবী রাহৈনা॥
চিংখুং-চাদি নোংগৌবী চেক্লা মানা থৌরাংনা
নোংদোন লাইজ ডাইবগুম—থোইবেম ত্তাকী কৈবাওবু
লমহাং লমদম অসিদা ডাইহৌরি সুম-ত্তোনা॥



# পম্মুং মৈ থাম্নরকপা খম্বা অমুক চংলকপা

ৱাৱি লীবা অহুগা লাইৱিক ইবা হায়রবন্না,
মতম অমগুমদি থোক্লকইবা থবকপু,
মতম অহুগীদি চপ-চানা উৎপা হায়রবসি,
ওইবা য়াদে মহৌশা—দ্ৰশ-কাব্যদস্থনি।
অশকপনা শক্লিবা পুংশৈবনা য়ৈরকপা
বাশী বিশা থোংবনে তান্-থাবনে পুম্নমক
তাঞ্জা মতম অমদা চপ-মান্নবা থোকপগী
মহৈ মহৈ থোক্লকপা কজবদি অপুম্বা,
তাবা থংবা য়েংবস্থ ঙমই ঐথোই খাইসিনা।—
মতৌ অহুগুমহুনা ৱাৱি লিবা, ইবদি
ইননবা পাংগনস্থ তানজবা খুদোংস্থ
চানা পিদে ঐথোইবু থোকতে মৱম অসিনা।
মজাই বেম্মা থোইবীথোই মরোল অমা অস্লা
বাৱি ঙাইৱি কৈবাওবু মতমসিদা অমরোম
থোইরেন তাকী লমদমদা চাওব-থোংলেন মন্নিনা
মপু সনা চোরোম্দা হংগৎলক্লে—"ইবুংঙো!
ইযু-চিংথোং লম্-গাই-ঙম্বা ইনিংথৌ! ননাই থোই—
নিংবদি, হৌখিবদি হৌখরে—। অনিদি
চংলিঙৈঙদদি 'মনা শোইরে অমনা পোৎরে
হুম্মা তৌনা পূৱকই। হৌজিক 'মঅ মঙাইরে।
মদোম চংবা তাক্লিদো পাম্বা ৱাদি নোংমানুগী
ঊদি থকথরবগী হেংগৎলে ময়াই কাবা।
অরুবা মতাং থোক্লে।" হায়নি' ৱাসি তানবা।

নিংথৌনা—"হৃদি করি কয়ম্ তৌসি হায়বগে ?—
করম তৌবা হায়বনু, কৈন্থ লৈতে ইনিংথৌ !
'চিংদম্বাদে চংগদি' 'ননাই ঐখোই' পাখাদি—
পম্নুং মৈ থাজনিংঙে। কোক্লবদা কৈ অসি
থেংনসন্থ খর্ম্বা'। কৈনা ঙম্মে নংত্রগা
খম্বনা ঙমই হায়বা উরসন্থ লৈপাকিন্থ।
নংতদনা উম্নুংদা নারক সিদা থোক্লবা,
তুমিন কনা খংদনা খম্বা মানা ফাজরো
পাম্বা মাবু মাহুদি থোয়কনি অঁসিদা
পাম্বা মাবু পুঁহুনা'। কৈম্বা ঙম্বা থোকথবো,
পাও হন্দোকপিনবা লৈত্রবনি মাসিদি—
লাইজ মুংদা থাদবা লৈপাক্‌ম্মা লৈপ্রনি।
অকোকপদা তুয়বদি ইচাবু ঐখোইনা
ঙমজগনি লৌথোকপা লৈপাক চংনা কৈ অঁসি
ফাগনিদো পুরিক্লাই।" অনি' মবা তাবদা
মোইরাং' নিংথৌ মপুনা—"করে ইপু অনিমক
য়াম্মা চুমই 'তুমকপু লৈপাক প্রজা' কম্-দৌই -?
—ননাই ঐখোই' য়াজরে পাম্মে পাম্মে।" লাওরকই।
পম্নুং' খাম্বী মৈ থারো—হায়দা মৈবু থারিক্লে।
মৈনা ঙং-না চাক্লকই। কোয়সিনখৈরে মৈ অদো
কৈম্বা লৈবা মায়কৈদা'। উপসিনখরে লাং-তুম্বা॥
খাম্বী মতা উবদা পাম্বা থুক্লপ 'মাম্বল' লামখরে,
হৌ হৌ লাওনা চোংলকই—"বৈষ্ণব মাগী মখুংতা
খরাই থাদে খনবদি মৈনা চাক্‌নী ঐবু"
মাংবা তাবেন"। হায়দুনা পাম্বা 'ডুর্না খুমনে।—
"মৈনা শিহন্‌বিগন্থ।" হায়না ঙংঙু ঙংকই॥
"ঙ্‌ংঙ্‌ং হৌহো" হায়রকপা পাম্বা' কৈথোদ অতুনা

থাংজিং চিংজাও নিংথাইরে, লাই-মনাই হাঁমজি নম্‌দম্‌,
লৈপাক কোং-কোং কিন্নরে মুং-উ' পুম্বা নিংথাইরে
তেকলে। চিং থক্‌-থক নিকথ্রে। লগাই হাইরে। মীতোংবা
য়াম্রে খুবম চোইনরে। নাকোং মেন্না খাংনরে।
মৈখোন কৈখোন অসিনা স্বর্গ নিংথাইগদৌরে।"
প্রলয় গুম্না ওওওকপা থমোই ফুকথিগদৌরে॥ "
নিংথৌনা—"ইপু খোংলেন ? চাওবা ইপু নৌংখোম্বা !
মী শোক্লবি কয়স্রো মৈমাও-শেংত্রো।—" হায়রকই।
মুরা অহম ওকখরে "হি করিনো !" হায়রুনা
যেওওকপদা মমখরে। খৌরী মথৈ তাবগুম
মৈথুনা নোংদোন ফুনথ্রে। খৌবোম্‌ য়াংগেন সন্থু-স্থু
চাক্লকপগী মৈথুনা খোইরেন তাক্তী মায়কৈদো॥
মৈ-খোম্না ফুবালা, খিমুংগৈ, মোইরাং তাখরে॥
মৈখোন-কৈখোন অনিনা ওমমক্তরে খাংনবা।
লোক্তাক ইশা মাপলগী তাওখৎখরে-ঙা-মথৈ।
শিরে অপিকপা লোইনা। জীবপুম্বা মম্‌নরে।
নোংদোন্দা পাইবা উচেক মশা খগ্না কাওনরে।
মায়কৈ-সলাই খৎলরে-লোইনা মুন্দা লৈনরে।
উচেক মথন কয়াদি নোংদোন থকতা পায়নবা
খাম্বী মানা চাকপদা পাইখোরকপা জীববু,
চানবনি কাহ্ননা। মাহু কাওবা পাইখিত্রে॥
চিংদা তোংবা উচেকসু পাংতা তাবা পুম্নমক,
মৈখোন কৈখোন কিবনা পাইখ্রে 'মতা লৈতরে॥
শক্তি লৈবা 'পাম্ব-দো মকম সিদা খুপকদি
হায়বা লৌশিং য়াংলক্লে' মৈনা শক্তি অমনি।
শক্তি অদি তাম্নরে। পাম্বা মাংদা থারকই,
পাম্বা মথৈ রাই-রাইনা তাম্নরক্লে খাম্বীনা।

মায়ুকৈ লিপান্ থুং-মথৈ চেঙে কৈত্থ কোয়-কোয়না ॥
থাংজিং হুগী অনিনা খম্বা-পাম্বা অনিগী
কুচৈ য়েংলি হায়রুনা মৈরকতুদা চংলকই।
পাম্ব মমৈ পায়গেদি তিংথোরকপা খাম্বীগী
মরৈ অহু হুর্গীনা—ভুবুৎভুবৎ থাংশাংনা
ককথৎলকই। থাংজিংনা অচোংপা উনা পায়রে,
উনা ইশিং কুপ্তুনা ককথৎলম্বা মৈগীদো,
মুংলি কোয়চেন-চেন্দুনা॥ মৈগী মরৈ তরেৎত্রো
মকক্-মকক্ ককথরে রন-চণ্ডী ইমানা॥
লৈপাক নীরাম অহুনা উবদদি মৈ অদো
পাম্বা মমৈ অহুনা থিংজিল্লগা মন্নাদা,
মমৈ চোংলি মতিন্না—মৈদা ফুই-দম-দম্না হেক।
মুংলি মুংলি তৌই শ্রু শ্রু নোই—মথুৎনা হেক-'মুক।
সুম্না তৌনা তৌমমক্ মহেল্লকই মৈত্থনা।
তুংগী মৈচাক-থাক মৈরিগী তুংদা লৈহৌবা লদম
মায়কৈ অহু য়েংত্থনা পাম্বা শাত্থন তমথরে।
মৈরি মরক অসিদা থোংথাংদগী হেন্ন-থুই,
মৈগী তুংদা পাম্বনা সৎ-চোংথিবা হন্দুনা,
শামিন অসি কংবদা তান্নরকই পাইত্থনা
চপ-লেপই মৈরি-অহু, হন্না য়েংই কৈত্থবু।
মৈদো গতি লৈতরে হন্না তানবা য়াদরে
তাংগোই ডাক্কা ওইত্থনা ময়াম চাকসিন্নরকপা
ফুজিন্নরে মৈ মথৈ, গুরুং গুরুং শাওখরে।
কৈদি মৈ-তুং তাহৌরে। মৈনা লৈরিবদগী
লম্বি লম্-হম্ লাপ্পনা তাংগোই লক্কা তাবরে।
পাম্ব-সজাং তিংথোকই। পোৎথাত্থনা লৈখরে।
মৈদো অহুম মুৎখরে। মৈশা খাংবা ঙমদ-বৈ,

লৈপাক হন্দোক্লকপে, তংভাইকপম-তুদা
খাংনবকই, হৌজিকতি “মুত্রেবদা-সৈ মুনা ঃ
ভেংগোন হজিল্লরক্লে। খোল্লামখমু সমতোমকী
লৈগ্রে সগাই থকুদা। হায়রকুনা মপাদা—
“পম্বো! ঐবু ইতাওনা, পাম্বা কাবা রেংকপে ॥”
মাগী কৈনা পোকপগী লৈখিদরে মৈচাক্তিং।
নোংবান মানা মপাদা—“ইপাই-বুংঙো ঐসিবু
পাম্ব-মথুবাক্তগী কল্লকপগে কমাদা ?”
হংই। অঙো নিংথৌদা—“ইপাই বুংঙো নতাওনা।
ইতাও বুংঙো মুংঙাইদা, লান্দবা নংগী কুপা!
ইপাই বুংঙো ইতাওবু পম্বো কৌশিনখিবা।”
হায়রকুনা খম্ববু নোংবান্না কৌশিনখয়ে ॥
নোংবান্না—“ইতাও বুংঙো! চংঙকুউ খম্বা!
খুমন নংগী নপান্দগী অসি য়ৌরে ঐনা।
ইতাও নংগী নকমদা লানথ্রেদকো মরুপ-লোই।
নংদি ঐবু—পোকপাদগী মরুপনি থল্লকই।—
ওম্বোকপনি হে মিশি! নোংবান হায়বা ঐসিবু
করম্‌দৌনা শেমগ্রবা অমুকপুদি কংভনা।—
ইতাও নংগী লমন-সে শিংলসিগে করম্না
নোংবান কৌবা নতাওনা! হিংলরোইদা ঐমিকৈ
হিংসু হিংজনিংদবে। মাংগ্রগকো নোংবাম্নি
পম্‌ংদবে মরুপ্লোই! অসি য়োহল্লকো!
করম শিংশিবা ঐনা নংগী লমন অম্নিবো!
মপোক কয়া পোকলগা নংগী নকম অসিদা ॥
নংগী বৈরী ওইরবা নোংবান কৌবা অতুক্কি,
মাংখ্রে ওসি পম্‌ংদা পাম্বা কৈথা খাঙ্গলা,
তিফা কাককৈ মরুপশা শাপী চিঙ্গাক ওইরনা ॥

মরুপ লোইদি লান্দবা ! ঐদি নোংবান অমদি
নংমা অমুক পোকপিম্না খমবিরোবা নহাক্না !
ফাহে অমত্তদি হাপ্নবিম্মগনবা ইতাও !
ঐবু লমন কোকপিরো। লাক্নদবা মরুপ্নোই !
নিংথিজবা অহংবা থোননী লমদম অত্তুদি,
ইম্নুং-শোইদি চংশ্রগা কোরৌ মানা থোকপদা
নিংথিজবা পূম্বদো প্রাইদা উনৈ ম্নুংঙাইনৈ ॥
জীব পুম্বা হিংনৈদো লমদম মপান্দ ত্তাংহ্নুনা !
লৈত্তোই লমদম ওইরকা লৈহাও ম্নাত্তদ' লমদম্না
নোংবান মাগী থমোইনি, অমম্বদা ইংইবা
অঙানবদা শারবা। কংচদবা মশাগী
মপাপ ত্তনা চাকইবা নৈচাক অসি কোকপিম্নু,
নোংদোন লাইজ ওইরকা ইঙাও নবা হৈ-হ্নুনা ॥
ইংহনবিম্নু নংনা ঐগী শ্নারবা থমোইসে !!"
হায়জরকই খম্বদা ॥ থম্বা মপি তারকই,
নোংবান্ মত্তাও য়েংহ্নুনা। খুমন্-মানা—"ইতাওনু !
করি পংথন্-খমবগে। নহাক্ লৈত্তরম্বদি
ঐদি করি ওইরদি। ইত্তাও ইবুংঙো নংগী
লমন্ ত্তোনবা থম্বনি ঐদি নংনা শেম্বিবা
লমজা থম্বা ঐহাক্নি—থংবিম্নুদো ইতাওনা।—
নংনা চিংথোকপিহ্নুনা মীরক ত্তিম্নি থম্বনা ॥
ইপা ইমা ওইহ্নুনা ঐগী 'কৈরাক থাম্নিবা
মরুপ নংদি। করিগী থম্বা ঐগী ইকায়দা'
ত্তোনগদগে লমন্দি নংগীদম্ ত্তোন্নি ঐনা।
অসিমকপু ইতাওনা লমন ত্তোন্নি হান্নবদি
নিংলবম্নু মরুপ্নোই কোকরগি. থম্বনু !"
হায়হ্নুনা থাজৌ মত্তাও নোংবান্না। থম্বা-দেব

হায়না মথৌ শংখিরে। কৈরোইজাম্বা মসেকপী
তাঙ্গা ভাইহুনা লৈরে॥ সোয়দা থুমন মচানা
মপা মকু অনিগী য়াথং কংবা মতম্দা,
পম্বৌ থুংলমু তা-হুদা মোংয়াই য়েংতো পায়জরে।
যুব্রাজগী তা হুদা ত্তোলেন ওইদা পায়খরে।—
নিংথৌ যুবরাজবু—মপা মকু-অওম্বা
অওাম-নিংথৌনচিংবা, লৈপাক প্রজা পুম্নমক
খুরমজরে লাওহুনা। "জয় ওইবু ইবুংঙো"
লাওবিরকই ময়াম্না। মম্না বোর পিখিরে।
মপু মোইরাং নিংথৌনা--থবাই য়াওনা মমাইবু
"লেপ্পা লঙ্গল ওইয়ুকো" হায়না বোর পিবিরে।
হোয-মাই-ইহাব-হায়দনা চিংথুবদি লৈখরে,
নোংবান শোইখিবহুদা মাগীদমক য়াবনা
মুংবং মবি.চিংথুবা খম্বা—থুরমজবদো
ওক্তে য়েংদে তুমিল লৈ। মাসি থোংলেন·চাওবন্নু
লৈপাক প্রজা পুম্নমক নিংথৌ কাওবা উবরক্রে।
প্রজা পুম্বনা—"অচ্চা! কজদেদা মাসিদে!
মপু মোইরাং নিংথৌগা পোকমিন্নজে হায়বদা,
থাজদেদা ত্তোল্লিদা অমুক য়াম্বা পুম্বসে
থোকহনবনি মানা-ওাক, মানা নোংবান হাংত্তোক্লে,
নোংবান মাবুন্নু মুংশিবা কৌবা য়াবরসে!
মুর্খ সিনা হাংপনি। পাপ্ পুইনা হায়হৈবা,
হায়হৈদবা, কন্নিনো! হায় কৈম্ম পাপী সে!
মপা মপু অপুণা মোরোক য়েংন-পোকপনি।
মোইরাং হায়বা অসিদা অকন্বা অম্নি মুবা,
মানা অমা মাংহল্লে পাবোৎ সম্মি কায়রেদ্দা।
মানা ওাক্কি পাপীসে; খম্বন-ব মওোম্দা

করি লাঙ্গল্বগে, মজাই বেম্মা থোইবীবু,
মচিন মক্না পিবনি। অদুগবু মহাক্না—
মচিন্দনা অমা-ভাং, মবুক্তনা অমা-ফুম,
ময়াম্ববুম্ হাংপা মহামূর্খনি মাসে,
করিগুম্বা মাসিনা নিংথৌ ওইবা থোক্লবা,
পানবা য়ারোই লৈপাক-সে। মরাম্বনা শিবগা
য়েংউ মানা তৌরকপা—নিংথৌ অমা ঐথোইনা
থিহৌসি হৌজিকতগী লৈপাক ঐথোই মাম্নসি
পৃথি লুম্না-পোকপনি, পাপী ধর্ম্ম লৈত্তবা!
রাজঋষি ওইবনা মুম্বা লিচৎ চৎপসিদি।
হৌনবরা পাপী-সে!" চৈনরকই অমুম্না॥
মনিং মমাং পন্দনা—"মানা পিনিংদবদো
নম্না লৌবা মতিক-চায়—ইবুংঙো! লেপ্পা ফাজো!
তুবুম 'মতা ভেকন্নু। লাই-য়াম পুম্বা নথোইনা
লমজাই জয়-বু পিনৌকো। লৈপাক-'থোইনা লাওজরি।"
হায়না চপ-মান্নবা লাওরকপগী খোঞ্জেন-অদু,
পৃথি নিকই গুং লাওই। তানি তারোই হায়বা-ফাও
অকি অথং-থংথিরে। যুবরাজগী মনাকোং
মনাক অদু মক্তদা "পাপী চিংথুবা নংনি"
হায়বা অসি সং-সংনা ভারে যুবরাজদো॥
ভাজে হায়বদু মভার। বাবৈ-মথক্তা বাবা—
চিংবা-নন্বা পাংথকনি যুবরাজ লৈথরে।
খম্না খম্না চিংথুবা—"নোংবান হায়বা নিপাসে
অমুক হন্না পন্নংদা চংবা য়ারক্লরোইকো।"
হায়বা বাথন অসিবু হেক ফংবদা যুব্রাজ—
মাগী মবুক মমুংদা লৈত্তাহন্না লৈরম্বা
"সনি হায়বা লাই-অদো সং-চোংথোকপ্রে, থাগুনা

চিংখুবগী সগাইদা লৈরে ইরেন তোংত্থনা।
চিংখুবগী মবুক্তো নিংজিং মাংজিংনরকই।
মনি অমুক চোংথোকপ্রে, উমুং পাগী অমদা
তোংখ্রে মশি মহাক্না—চৎলগে হায়না নিংবদা
মমাংদৈ নোংবান কৌবদা হাপ্লুবা প্রেম্-অদো
সং-হাইদোরক্কনা চংখয়ে খম্বদা পুমচং।
পাপ্-পুইনা অনি সিনা কায়নরকপা অসিদা
ম্বাই লাওই যুবরাজ।—হাইশংলক্লে মমায়দো॥
খম্বা মশক উবদা লৈবা ওমল্রে যুব্রাজ!
চুপ্লিংবনা লোইরক্লে। চাগদোবগুম য়েংলকই।
"হরি হরি! ফজেদা! হে পুক্লিং মংলা সিবু,
করম্-তাংখিরুরিবা! লৈত্তে স্থবা মী সিদি!
ইমোম-থোইবী থাংবদি, কবো লোই-দা য়োবদি
যৌনিংঙাইনি চুম্ইনা, য়াম্নু যামদে ফজেদা
মুংশিদা অঙাং সিদে।" খল্লে চিংখুবা—লেপ্থরে।
যুব্রাজগী মতৌসি থোংলেন-চাওবা উরকই।
অনি ইংগিৎ তৌনরে। "পারি খম্বা চংওনা"
থোংলেন য়াথং পিরক্লে। লম্ মরি মঙা খম্বা
চংলকপদা থোংলেন্না—"ইতাও চাওবা থামগম্বু
ঐ তৌগে থবক অমা কৈ অসি ফারবদি,
মচা পিরগদৌরি। মুংঙাইনদবসিদি
হান্না কোকথোকনহৌগে।—করম হায়না থোংলেনবা?—
ঙাইখো য়েংদা ময়েংউ!—ফরে তৌরো।" অম্নুম্না
চাওবা থোংলেন তানরে। থোংলেন খুমন মচাবু
লৈপাক প্রজা তাহল্লি কৌরক্লে—"পারি-'মুংঙো!
খম্বা তাবরা, 'হুইৎ নংবু পোকপা নপানা,
কৈ ফাবদি তোর্ব্বুঙা তা অমতা পায়রুবা

তাময়ম্বদগী তা-হন্দোক্লনা কৈমঙা
নমহুনা ফায়—মখুৎনা, খুহুমদনা থাহুনা।
নওং নত্তৌ য়েংবদি নপা মাল্লি অহুবু
লিন্দা নপাংগন্দবদি নপা ইপাও ফংদ্রবোই!
নং'দি কৈঙ্খু অমত্তা পিকম্মু পিশক পিকইদো
কৈজেং-লাংনি কৈ অদো, নপা' ফাখি কৈন্থুদি
অম-মম্মা চাওবন্না নংগী অহু-গুবদি
তকেং তরেং চাওইদো, সুম্বা কৈসি ফাবদা
তা পায়রিবরা খম্বা! নপা নমা অনিদি
'ইচাম্মা কৈ ফাদৌরি' হায়বা শার-হুনদি
কোরৌ মোংথোং হাংম্বনা য়েংঙিগনি ইবুংঙো!
ইপা-শিরগা তময়ুগে খম্বা তা পায়গনু
তা থনম্মু নুখুৎনা নোংয়াই ফা-ও নমহুনা।"
হায়না থোংলেন-লাওরকই। বা অসি হেক তাবদা
যুবরাজ পাখৎলে—"মচা হাৎকদৌরেনা
থোংলেন অসি ঙাওরক্লে—অহল ওইনা তৌবনি।
কনবা থোকই ঐহাক্লা" সুম্না খল্লে চিংখুবা॥
খম্বা য়েংনা লাওরকই—"হো তয়ুম অদোন-খম্বা!
নংবু পোকপা পম্বৌদো পাম্বা ফাবা মতমদা
তা-পায়খি নংমু পায়ু। মীনা হায়বা লৌক্লন্নু।"
থোংলেম্মা—"পারি-'বুংঙো লৌক্লন্নু ঙাংইবসে।
যুবরাজদি মতমদো অঙাং ওইরি উহৌ-দ।
পায়দে নংম্মু পায়গনু।—কৈদগী মাহু হায়নু!
থাজরুগনু ঐদি চাওরে মতমদো ঐ উই পায়ু।—
পায়দে।—পায়।—পায়দে" হায়না থোংলেন যুবরাজ অনি
লাওনথরে কুমৈ ওইরে। "যুবরাজ অসি
মমাংঙৈগী নঙ্গক খম্বদা প্রেম, নৈরেদো"

হায়বা লৈপাক চপ মান্নে বা লাওনা থিরুখরে।
থোংলেন্না অমুক হন্না "পায়মু" হায়না লাওবদা
খন্না তাসি খমদোরে। খন্না নিংজিং মাংজিংনৈ—
"হোরেন তাসি য়াওরগা লাকচন্থনা পাখন্না
নোক্লরক্লা লৈপাক্লা।" খল্লি। মাতু উবদা
পাখংতুনা যুবরাজ—"হো অঙাং তা পায়।"
অঙাং হায়বা তাবদা নাকোই সিংপা মুংশিংকুম
থোংলেন্না—"অঙাং মচা নদোন্না অঙাং হায়ে,
পায় ঙসি পায়র'দি য়ৈনি।" পায়মু হায়রকই।
মপা শাওরে হায়তুনা খন্না তা-তু মুংশিন্নে
থোংলেন মপাই মন্নাংদা, মশা ঙাক্লা চংখরে।।
মতম অসি মকুদা থাংজিং লাইগী খুজিন্না
নোংলৈ অচৌবা অমা পন্নুংদা থুংঙরে।
মৈগী তাংগোই অপুন্বা লোইনা পুম্-হুম হুমদোকখ্রে।
পুমকোক কোক্লে পন্নুংদো। খন্না তা পায়দনদি
চংলকপতু উনরে। "ছিঃ তা পায়খিদরেনা।"
হায়ন-খরে লৈপাক মীয়াম—"তুমিল-লৈমু ঙসিদি
থোংলেনগী থাং চাজনি।" হায়না মহৈ মহৈদি
খান্নরকই লৈপাক্লো। যুবরাজ পাখংখরে—
"মতুং কৌন্ন কৌবনি পেন্না কৌজহৌরগে—
হো ইমাক ইবুংঙোমু! তা পায়ু ইমাক ইমাক।"
হাযনা লাওরকপা লেপ্তে সোর-ককা শংখিল্লে।
ইমাক ইবুংঙোদগী থুমন্‌খিবা অতুনা
"ইমা ইবুংঙো" তারে। "ইমা ইবুংঙো তা পায়।"
যুবরাজ লাওখরে। চিংখু-মতৌ উবদা
থোংলেন-চাওবা পেনখরে ঝোইরাং লিংথৌ মুংঙাইরে।।
তিন্‌ কাং উঃচক থান্না-ফাও লোইনা পুম্‌হা-হন্নাওরে।

খুমন মানা পাম্ব-বু কাবা মতম অহুদা,
চাইথগনি হায়দুনা পায়নরবা পারিজাৎ
মতাং সিদা চাইখরে। প্রজা পুম্বা হরাওরে।।
থৌদো অসি উবদা মোইরাং থোংলেন অখোবা—
মশোং উনা নৈররে—খুমন মচা কৌদুনা,—
"পারি-ইবুংঙো-খম্বা! করিনো! তা পায়দানা
কৈ কায়-হায়বদি, মচিন থিবা কনানা হায়?
পারি-খম্বা তা পায়।" হায়না লাওরে থোংলেম্না!
মপায় বাহু তাবদা খম্বা অমুক চংদুনা
তা অনি শৎখরে। চাওবনা—"ইতাও থোংলেন
শিংইদকো নং অসে" হায়না থোংলেন থাগৎলে।
নিংথৌনা—"ইনাওদি ইমাক হায়না কৌখরেকো
ঐদি কৌহৌদরে ভোঙমদবা থোংলেন-অসে
শোইদে কৌনি ঐহাকপু ইশেন অহল হায়দুনা।"
খল্লি খল্লিঙৈ মক্তা নমহায় ওইনা থোংলেম্না—
'মিং চুমত্থোকনহৌরসে" হায়না নিংথৌ কৌরকই।
নিংথৌনা—"ঐদি ওম্মোই, নিংভোম পোকপা মপাগা"
সনা য়াথং খুম্মকই। "করে করে অহুদি,,
হায়না থোংসেন কৌরকই—"ইসেন যুবরাজবু!
নমাকী অত-তায়নি, ইসেন ইবাই ঐথোইবু,
য়েরুবা মলোম কোক্নরসে!—ইবাই মন্ত্রিবু
কোক্নরসি" হেক খুমই। কিবোই খংবোই যুবরাজ।
"কেগে খংদবা খংঙো মোইরাং তাদ-তাহোরো
ঐথোই মলোম কোক্নরে" হায়না থোংলেন লাওখরে।
থোংলেন চুম্না লাওখিদে সিদ্ধ ইরোইনরবা
থোক্কম 'মগা লোইননা থোইরেন-তাক্তা লাওখবে।।
মুমা অহুম তারকই—মুংশাখিব নাকোংনা

মরোন ইশেং শেংঙদে। "ঙরিনো লাওনখরে
লাই নিংউ" হায়দুনা লাই-দা পংজিং শিংনরে।
সোমদা খোংলেন, খম্ববু হুইগোইশিৎ-এংগোই নারে।
ময়াদা শায়বা পাম চিম কংনা ইনখরে,
থাংবা তানা চংদবা কৈগী হু-ম্বু কাত্রবা
মত্রগদি লোইনবা॥ "পারি ইবুংঙো চঙেঙা!
তারোন-তা-দো থনম্মো! হাকথং তা-তা মপায়রো—
করি কায়গবনো।" হায়রে। খুমন মচাদো
হাকথংতা-দা পায়দুনা পুরেম্বগী খুৎম্বু-তা,
পম্নুং চংগ্রে খম্বদো। খোংলেন তম্বা লাওরকই—
"হান্দক খুম্বা চংবদা কনা 'মতা চংগনু,
তাবাংবনি হায়দুনা।" সুম্বা তৌনা থিংলকই।
ময়ুংদা লৌখাই অম্বা চংগ্রবদা খম্বনা।
চাওবা কীরান হাইদুনা কৈরোইজাম্বা মচাদা
চঙেঙা হায়না তাক্লকই। কৈরোইজাম্বা চংলক্রে।
খোংলেম্না উরে—"হাই হাই! লবাই মচা কনানো?
খুমন ইচা খম্বগী মনা য়েন্নগে হায়না
চংইবরা খোরকউ।" হায়না খোংলেন লাওরকই।
মুবনা—"ওয়ম্বশিং তুক খোক্লগদি ঙসি,
সগাইদগীনে খোক-হেক ইম্বরমগদবনি।—
করি মুবা!—ইবুংঙো! নমাক ইবুংঙো।" হায়।
"হো কৈরোইজাম্বা।—ইমান ইবুংঙো! ঐদি
চংজশিংবা নৎচদে! হোরেম খুমন মচেম্মা
'কনা কৈজদববু ইন্‌থিদবোইরেদকো'
হায়না খন্‌থিগবরা—কনাগুম্বা অমম্বা
তম্মু খোৎলুরগদি মুজা পুক্লিং শুংশিনি
"কুম্মে য়েংনা লৈবোইরে' হায়খিগনি হায়বগী

নমোম মম্বায় য়েংবগী চংজবনি ননাই ঐ।
ইমান করি নংতবা খনবিষগে ঐগা কপু!
হৌজিক মক্তি চংখিরোই। অসোই-অঙাম লাকপদা
চংজগনি মমাক্না।" হায়, কৈয়োইজাম্বন।॥
মমাকী মা ভাবদা থোংলেন পুমপেন গেম্ববিখি,
খুমন চন্থ লাইরবী মাবু কাওরমদবন্থ
মন্ত্রি মানা উবদা। থোংলেন্না—"চুমই চুমই
ইবুংঙো অচুমকপু, অঙোম হায়রবা নহোয়-দি
মক্তুবু কিদি কিয়ে থরম্মি মখোই।" হায়॥
চাওবনা—"ভানিংদে-হাই!—হিঃ হিঃ অঙোম লৈবোইনা।"
মুম্না হায়নৈ মুংডাইনৈ। খুমন লমজা খম্বনা
ভাম্নরক্লে পাম্বদো। হৌ হৌ হৌ! হায়মা চেল্লি।
ইচা মীনৌ থোম্বাংনৈ, মতৌ অমা ওইরক্লে।
মুকথবী নোংখাং-পাইগুম্মই, থোইবেম মশা খম্ব-
মতম গুম্না ভাম্নয়ে। পাম্ব-মানা খম্ববু
হুম্না হম্না য়েংওকই "বৈষ্ণব নংদি লাক্লবোই"
হায়না কৌ কৌহুনা চেল্লি। লেপাক পূম্বা উয়ে॥
"হাইমাই পেম্বা চাওরেদা, খুজিন সিনা শাংইবা,
মথা সিনা প্যাকইবা," ভাংনম্নকই লৈপাক্লা॥
ভাংথক-লৈতে খম্বদো ভাম্নরকই কৈ-তুবু॥
লৌ-সঙম অমগী লমদা মঙাইরক্লবদা
চপ-লেপই ভুং-ভুং ভুংই, পাম্বা চোংসিন-গদৌবা
মতোমক হেক মাক্লক্লি। "ইপা মচা নোংখাইগে"
হায়না খম্বা লৈপাক্তা, দম-হেক মুবগা, তাজিল
হাইগৎলকপগা কৈদো চেনগ্রে অমুক হুম্দুনা॥
পাম্বা মানা চেনবসি কৈগী মতুং ইন্দয়ে।
কোইনা কোইনা খৎনা থৎলক্লে পাম্বা মাংদা॥

কৈনা বানা শাং-মথৈ চেল্লি খম্বনা ভপ্পা
লম্বী শম্না চেক থংলি। মমৈছাদ কৈ অদো—
সগাই মখোং কোয়হনা চেন্নকই লৈনা লৈনা॥
খম্ব-চৎপ-চৎপদা মবাই কৈরোইজাম্বস্
মসেন-মতুং ইন্নকই। লৈনা লৈনা তানবদা
কৈরোইজাম্বনা মাংদা অমুক হেক তান্নকপস্
য়াওই স্থম্না তান্নরি। নোংম্নাই মবাই য়েংহুনা—
"ইবাই-ইবুংঙো মাংদা চেনবিগনু" হায়রকই।
কৈনা মাংদা খম্বগা মসেন মবাই অনিনা
তুং থংনা তান্নরকই। পন্ অসিনা চাওবদি
চিংনা কোয়বা লোক্নুংনি, ভস্পাক মচা অমনি॥
খম্বনা কৈ তান্নরকপা, কৈ কংগদবসি,
পরি য়াংথৈদগীনা পরি নিফু মঙাইরে,
নিফুদগী কুনথরা; কুম্বরাদগী কুম্নি,
কুনদগী তরা স্থম্না, তরাদগী মঙাতা,
মঙাদগী মরিতা, মরিদগী অহুম্নি,
অহুমদগী অনি-নি, অনিদগী অমদা,
অমদগী লৌরাকতা, লৌরাকতগী সংঙমনি।
মতম অসিদা কৈনা নিংথৌগী পম্মাং য়ৌরে॥
কৈনা—অসিবাইদা প্রান্-থারগে-হায়না নিংগ্রে।
পাম্বা ফুজিন্নকই কৈরোইজাম্বদি কৈ অহুগা
লৌরাক অমা লাপ্নরি। নিংথৌগী সগাই ভমগ্রে॥
পাম্বা খুৎচাও অনিনা সগাই বাচেৎ পায়থরে।
কৈনা প্র প্রপ কাথংনি। "মাংঙে করম্নো কৈসি
নিংথৌ ভমগ্রে করম্নো! পারি ইবুংঙো! মাংঙে
লাইরেক্সু শাজোবা!" হায়না মচা কৌহুনা
থোংলেন-চাওবা অনিদো হৌগৎগ্রে সগাই-থক্তা॥

ফুজিল্লক্‌না খম্বা, কাখৎ-লিবা কৈন্থুগী
মমৈ পাক পায়রদুনা চিংন্দবগদি, কৈ অদুনা
লৈমায় থক্কা তাবগা, নোংথাংগুম্বা খম্বনা,
খুৎকা খোংগা শিন্নবা, পাম্বা মমৈ অদুবু
নোংয়াই-খোংনা নেৎপগা, কৈ মঙক্কা মখুৎকা
লোয়নদুনা লৈরকপা চিক্কে হায়না কৈ-দুনা
মতুংলোমদা হল্লকপা,—পাম্বা সপ্ত সোরাবা
কৈরেন খুৎনা শোইরগা পাম্বা য়া-না হৈরবা
পাম্বা য়ানা শোইরগা কৈরেন খুৎনা হৈরবা
চায়া-লাকএ চামগী অমা লাকুএ অমগী
অথোবদা পাম-নি নোংথাংদগী হেন্নদি
থুখরবা কৈদুনা খম্বা মানা হানখরে ।—
খম্বা উমগে হায়দুনা কৈনা ময়া কাদুনা
সৎ-লৈশিল্লকপমক্তা নোংয়াই খোংফম লৈ-দা-থিল্‌,
খুবম্‌-চেং-মপ-শিন্দুনা কাখোয়কপা ময়াদা,—
থাংগ-খোকতি-করাং-খোক, পম্বৌ মাগী মখুৎ-সু—
নোংয়াই খুৎসু-তা দুনা থুম্না থিল্লে কৈ-অচৌ
কৈগী মখুৎ অনিনা খুমন্‌ তাখোক—তাপ-পায় ।
মবাই ফুজিল্লক্‌না মসেনগী-তা পাংখরে ॥
খেকৎলকপা পাম্বগী মঙক-শমদা মবাইগী
অখোবদি হুইদুনা অকিবাইবা লৈতনা
চোংশিন্দুনা লাকউরে । ফৈরোইজাম্বা—তাম্থোকই ।
থাম্বী মানা চাক্লবা মমৈ কারুম্‌ কারুম্বা
কৈগী 'দুদা অমুক্কা লাকএ হুইদো তাম্থোকই ।
হুইহু কুমদুনা লৈরে । মতম খর অসিদা
চিংশা নাপোম শুম্ববা খুমন পাংগন চাওবা
মাগী তাগী চৈখানা পাম্বা লেপ্ল য়াদরে ।

কৈদো মমিৎ উয়রক্লে। খম্বনা "ইবাইবু!
থাদোকও" হায়রদুনা তা অনিমক থাদোরুখরে।
কৈ থবাই থাত্রিডৈদো—পাম্বা মখোং মরিদা,
সুপ্লাই-পায়সিল্লদুনা থাংগৎলকই খম্বনা।
মবুখৌ থাংজিং লাইদা কৈবেন অত্তু কৎখরে।
কৈদু লৈপাক্তা খম্বা থম্বগা পাম্বা অদো
মথরাই অহুম থারে। মপা থোংলেন সগাইদৈ—
"কৈ চংবা কারে ইচাসু" হায়না মোইরাং লৈপাকপু
সেগাক তানা লাওখরে। মোইরাং মিংথৌসু য়ারে।
চুইরোই লম্বোং চংলক্লে। পাম্বা ভেংথা লা-রাইরে।
উনা থাংবম্ থেংখরে—ময়া কবাক থমখরে।
মমৈ ফীরান শানদি পুল্লে-পাম্বা অত্তুবু,
সগাই থক্তা হাপখরে। কৈরোয়না পুথোরক্লে।
শারাও-লা-লাওথোন লাওবে, কৈ থাবে সনা মাংদা॥
নোংযাই মসেন মবাইগা লোইনদুনদি—মমুম,
কেগে লৈপাক পুম্বক লাওরে "জয়" ধনিবু॥
তেংগোন তকসিন খিদুনা পৈবে সনা মাংদদি।
লৈপাক মীয়াম অপুম্বা পাম্ব মাবু য়েংনথ্রে।
"মাংলম-চৎতা মপানা 'থৌবা মহাক থক-তুদা
অমুক থোকখি অত্তুগা হান্দক মচা হাক্তক্তা
থোরুবসি মঙাইরি মতুংদদি উরম্রোই"
থাগৎনরে অমুম্বা লমজা খম্বা মহাকপু॥

---

১৯

# ফুবালাগী কৈবাও পুরকপা হন্নবা

থম্বনা কৈ হেক ফাবা মীয়াম চাইথ্রিথৈঙেন্দা ফুবালাদৈ অশোনবা অহন মতম ওইরম্বা, অমা ফুগংলকই "ঐ পাংগন শোল্লবা মীনি, ময়াম লিগা হোৎনেন্দি খুদোং চাগোই। অচৌবা নিপা অমদি হোৎলে, কৈনা,শিবা তাবেনে। অচৌবা অমনা ফাবে।" লাকই ঙাংনা-ঙাংনা। খোইরেম্নতাক-তনা খোংলেন-চাওবা অনি চংলুনা, কামু-কাইথেৎ-উচুং সৌজুং যুবয়া হায়হুনা, নোংয়াই মাবু য়েংনরি। কৈরোইজাম্বা মমাকপু মকু থোংলেন-মন্ত্রিনা—"মাকলোয়েন ও সেলুংবা! ইমোম খম্, কৌবিবু য়োনজহুনা নংঙোন্দা পিজবদি মতিক চাই।" থাগৎপিরে মুংঙাইনৈ। থোংলেন-চাওবা-সলাংনে ভিল্লে মথোই অপুম্বা। পাম্না-তপ্পাই ইমুরি; উন্‌বী কচক্ হোৎহনা থোংলেনবনা—"ইবুংঙো! ইমোম খম্, কৌবিনে নুমাশিংদি থম্বু ফুবালাগী লৌকোক্তা পাম্বা কৈবাও ভারি-হায়। বাম্মপনি নং তুক্ লাংগোই অমা তোংখো কৈবাও অসি হায়বিরু" হায়না মমাক ইবুংঙো কৈরোয়জাম্বদা খোদায়। মকুই বাসি ভাবদা কৈরোইজাম্বদো ফিংই,— অহুক অহল ওইবা চহি মশিং থংত্রবা! খোক্ষম অত্থু লিবনা পাইজ ময়া ভারবা থোংলেন কৌবা মকুগী থোঙেম খোল খোক অহবু

ঙসি মিকুপ মিদদি কৈরোইজাম্বা মনাদা—
বসন্তগী মপাও-দা পুক্সরবা কোকিলগী
মভা মুবা থোম্মাংদৈ হেন্না নোবা থোক্‌খরে ।
কৈরোইজাম্বা হৈনিংঙ অহেন য়াথং ওইবগী
ইন্দ-য়াদ-ইনবঙম —লাংগোই থৌরাং ভৌখরে ।
আসোমদদি ইবেম্মা নিংথৌ মচা থোইবীদো,
নোংবান মানা তুখিবা—পাম্বা অমুক ফারকপা,
ব্রা ব্রা-লাওবা অসিদা -"কুরি.ওইরিগবা"
হায়বা সিঙ্গী খন্‌ধদা বাখিবনা চোংইবা,
তেরা মফোন ওইহুনা পুময়াং য়াংনা লৈরকই ।
নোংম্মাই শকখংঙৈদগী লোইন-রকপা অপুম্বা
মথং মথং নিংশিংঙ—মারথোং থাজ মানবীদো
পিনা কংবা লৈরকঙে । চিন্দি থোক্কে থোইবীদো
খুমন মাবু কৌরকই—"মাঙেঙদকো ইবুংঙো !
ঙসি কৌবা মুমিৎতা পাম্বা-মথুবাক্তুদা
যাইবী মাংবা থোক্লদি ননাও করি ওইগনি ।
খংনজরমদ্রবদি ননাও বারোইদনিকো !
ননাও করি খংদবা পম্মৌ লৈরাং লৈকোন-মুং
ইদোম শাৎচরম্মবদি কোরৌ বৈশা থাংহনা
ইদোম কেঞ্জরম্মদি নংম্মু বারোইদবনি ।
পাখং ওইবা নহাকম্মু খংলেন কয়া বারবা !!
নুরা ইমুংলাংগিদি য়াইবী মাংগদৌবনা
মাঞ্জ কয়া ওইরবা । ইপাই মাঙ্গোন লাংহুনা
ননাও করি খংদানা লৈজরবা মুমিংতো—
পাখং ওইবা নহারা লমজা শিল্লংগনিদি,
খুমন নংনা লাকপিদে ।—ননাও খমৌ লকাদা
চুজহৌবা মুমিংদি, মঙদা খুম্বা কনি[illegible]

নিঙোল ইমল্ ওইজরুই। লাইম-খাংপোক শংদুদা
মাঙ্গ ইরেন হনথরে॥ পাখং মপাও খোন-হুবু
ননাও ভাখিত্রবদা চহি কয়া কয়ানি,
ননাও ঐনা ঙাওরুবা॥ খুমন চম্বু নচেম্না
মোইরাং খোরি কৈথেল্দা নুরা মপা চাদনা
শিংজা য়োম্ন-লৈরম্মে। ননাও ঐনা নমদুনা
নুরা ইভা শামরে। নোংয়াই চম্বু নচেম্না
লংলা লংজিন ওইদুনা পাখং শকপু উজৈদো
অমুক হন্না থোইবীনা নিঙেঙান-লাকপৈ কাংশং-দা॥
কেগে লোক্তাক লমদমদা সরি নামুং শোন্নজৈ॥
মোইরাং কাংজৈবুংহুদা লৈপাক মাশোং শকপিরে।
প্যাবুং পানা পান্থোম-ওই, মাঙ্গ চোংথোকপিবনি।
নোংয়াই মতম মংভানা কাক্লে লাংঙে মোইরাংদা।
থাংজিং লাইগী হুমাংদা থংলেন নাক্তা চংদুনা
জগোই শাজৈ মনাওনা। মপু মোইরাং নিংথৌনে
ঐবু প্যোকপা ইপানে লাইদা লৈরোং কৎপগুম
থরাই থক্তা লৈহাপ্নে, পিনবনি ননাওবু
মাঙ্গ নংগী কা-হুদা॥ ননাও ইম্বুং লাংগীদি
কাক্তা লমজেন চেনবনি। মুক্না মাত্রা থারেদো।
অদুদম্ন পিবনি। থংলেন কাদা অদু ফাও
ননাও মাইথুংজদরে। ইকোপপুংদা কাও ফারে
লাইমল্-লাংদা তেমশিংঙৈ ননাও ইম্বুং লাংগিদি,
য়াইবী থুবাক হাপ্তুনা॥ পিনবিরে হুদম্ন
মাঙ্গ নংগী কাদদি থুংংদরে ইবুংঙো॥
উকায় ফালেন কাপ্নদি থংলেন য়াইবী মাংকবা
খুমন নংগী দোশানি। হৈজিং পুক্তে, হুন্দগী—
তোর্বুং শাদানবদুদি থংলেন করি হায়রিগে,

অচৌবদি লাংফমনি—মনাও ইস্নুং লাংশিনি ॥
মোইরাং খোরি কৈথেন্দা ইস্নুং মমৈ ওইবদা
শামু খোংদা য়েংশবু য়াইবী মাংউবত্তবু,
কনাই মস্নুং লাংগীনা—মনাও ঐগীদমকনি ।
খুমন নংগী কাহুদা লালুবগী ইপাবু
কৈনুম সংদা থম্বদা শাওরত্তুনা ইপানা
মনাও ঐবু থাবিরে—কবো লোইদা চংহল্লে ।
খোয়ুম মাগী খোংদমদি সেম্বি লোইদে লাকচরে ।
থংলেন নংগী কাহুদা খুংলগরা নিংববু,
অঙোম মচা ফংঙবা পাম্বী খোংখান মহাক্না
পায়দা থাবা ইপাগা অনিমক্না য়েংলেদো ॥
মাঙ্গ কাদা মনাওবু থুঙংরোইদ্রা ইবুঙো !
লৈপাক বায়েন তৌবদা তাইবং-মীনা ভমদয়ে
মনাও ঐগী বিচার অরোইবদি হৌজিক্তি
খোয়ুম মথুবাক-তুদা লৈথরেদো লোইনবা ।।”
বাখল অসি তৌবদা খোইবী পুমঙাও ভাওথরে ।
নুরা মাগী বাখলদো স্বর্গ পাতাল অনিদা
মিকুপ অমৈ মস্নুংদা চামরক হন্না কোয়রে ।
সোরি খুংতা পায়ত্তুনা বাখল সুন্দা লৈরকই ।
নুরা মনিং-খম্বুনা চিংগুম লুম্না থাম্মকই,—
“হাংিগম্নু ইবেম্মা পাম্বা কৈবাও তারগা
শিরে নত্তে নথম্ভা শিগদনি খম্বস্নু,
নিংহৈদেদো খনখিম্নু” হায়না খোইবী মহাকপু ॥
স্নুনা বানা লৈরিউৈ ফুবালাগী লোকোক্তি
নুরা শিংনা লৈরিবা লমদমত্তুদা হন্নুবা,
ফুবালাগী নিপাদো ফোং-লাওনা কক কাওরক্লে ।
নুরা অহম্না উরে মজাইবেম্মা খোইবীনা—

“ইনম্মা !—ইবেম্মা।—হংসিদো হনুব-সিদা।—
হংসি মজা ইবেম্মা।” হায়রৈ। নুরা থোইবীনা—
হা ইপু।—কনাগো হায়। লৈপাক নিংথৌ কুম্ফিনা !
শাগী লানগী মতমদা করিদৌবি অহুন্দা
সিদা ঙাঙ্গি মোইরাংদে লৈপাক বাথোক ওইরিবা
কুমথি কুমগাংঙিবনে কনা কনাই মচানো ?”
হায়বিরক্রে চৈরক্রে। নুরা মন্থং লাংগীদি
মোইরাং বাথোক ওইবনে হনুববু শাওজদে,
নুরা মদোম ইকাইরে। বিথি-মাবু নিংশিংই।
মজাইবেম্মা থোইবীনা—“হা ইপু শাওবিথিগনো !
ঐথোইনিনে ইপু ও ! পেরুক পেদায় থিজবা
লাইর' মচা ওইবগী চাদ-যাদবদগী
লাক্লবনি ঐথোইসে। কৈবু কনা কাবগে ?—
চাওয়ে-কৈদো ?—অহুবু কনানবু কাবগে ?—
চাওথরেদা ইসু-শা অমা কৈনা শোকহোরে,
অমনা বুক-কাহোরে।” হায়, হনুবা চংথরে।
মতম অসি কাওবসি মজাইবেম্মা থোইবীগী
মথুং পায়না থঙসি থাদোকতরি থমূনা ॥
থোইবীনা—“ইনম্মা ! পাওদম অসি লুংঙাইতে,
থাদোকপিয় অমুক্তা।—করিগীনো ইবেম্মা ?—
হনুবসি থাম্মুগে।”—হায়রদুনা থোইবীনা
প্রপ্রপ চেনসিনখিদুনা মতুংলোমদৈ তালকপা
নুরা থোইবী মথুংনা অহনদুগী লুশমদা
তাপ-পায়বদা অহন্দো শোলবদি ওইবনা
থুক থুদক কুনথরে তুথোকথরে অহন্দো ॥
অহন্দুনা থংখিবা হায়নিংঙাইদি লৈথিরে।
নোংখান কৈনা শোকথিবা থুজন মানা পাববু

তান্নখিবা, কানবা, মতৌ অহু উরকপা,
তুগী মিতুন অতুনে—অখংবগা লোয়নবা—
"সোনোগী মচা কনাগো হাই?—ঐদি ইপু!—
ঐ-য়াইব-দে?—ঐনিনে, কৈ কনানা কাবগে?—
নংদি কৈদোনগেগে?—খংনিঙ্ডিওদনা ইপু!—
খুমন-ইবুংঙো খম্বা অঙাং শিজ মমাম্বা,
কারে কৈদো, মোংবান্দি পাম্বা কৈখা থাখরে,
নোংবাম শোকলে হাই অতো ধর্ম্ম হায়বসে লৈ-হাই।—
শোইত্রবরা ইপু?—কারে।—ইপু পাম্না চাও-সে"
হায়না মজাইবেম্মনা পাম্না খুদপ পিরুরে।
"ইবেম্মা ইপুদিনে শোইত্রবদি ওমদরে।—
তুদি ইপু শোইগেকো।" হায়না শোইরে পাম্নাদো
থোইবী সনা খুং-মরুপ। পিজরে। "থারোইগনু
মুংঙাইরে, ইপু! সেসে কৈবাও-পুবিরক-পৈনি"
হায়না সনা খুংমরুপ অহনবা পোনদেন অমা,
অহন তুগী মখাংদা ইরেন পুনশিনবিরে॥
"নিংথম কৈজুপ ওইহ্নকো মুংঙাইরে ইপু চংলো"—
হায়রে থোইবীনা। অমুক—"ইপু ঐবুদি, য়েঙ্গো!
ইপুদি খংবরা?—মংবু কনানা খংউনি।—
ঐনে থোইবী হায়বিদো, ইপু মমিং কাদরা?—
হীঃ ননাই ইপুদি খংউদরেনা ইবেম্মা!"
হায়না ইবেম্মবু খুরম্মে। "ইবেম্মা থারোইনু,
অপরাধ তৌবিনু! ইপু লোইশং কাদরে,
অহল ওইরে হায়দুনা ইথো কোকপিমে থ্বাইনা।
লৈপাক মীয়ক তিন্দরে—কোরৌ থক্তা থোক্লবা
থাজগুম্বী ইবেম্মা! নুম্বা মংগী শক তুবু
খংউদরে অসিনা। তোক্লবনি ইপুদি;

মুংঙাই-য়াইবী মরাং-কাই, খুমন নাক্তা বাইথংউ
ইপুই পুন্সি কংহুনা নপু ননাই পাল্লুকো।
ইপু বোর পিগেকো॥" হায়রে অহল অহুনা
থবাই মঙা য়াওনমক বোর পিরে থোইবীবু॥
পান্না মতপ অনি 'মা অমুক লোইরে থাদোইনা
মতপ অমা ইনবীরে মতপ অমা লমখাংদা
'ইপু চাখো' হায়হুনা কিসিনবিরে ফিজিদা।
হান্না মাপা য়েংলকপা খুদৈ অহু লৌথোক্লে।
হৈনম্ লৈনম্ চুম্না সনা কুংনা পায়রকপা
খুদৈ অমা য়েংপিরে। ফুবালাগী অহন্দো
ময়ুম লোমদা চংখরে। খম চংলি অহন্দো
হন্না হেক হেক ময়েংই। হন্না য়েংব মক্তুদা
মঙক অহু পৈদোরে। "কব্রি মনিং-থিজনো
নিংথৌ মচা ইবেম্মা, মাসিনা ফজবসি
মাংলন চংতা উথিত্রি ফজৈ ফজৈ নিংথিজে!"
অহল অদো মতোমদা মুকুম্ মুকুম্ হেক শোক্লি।
মপান্বোম হেক্ তিংথোকই মতোমতা য়েংই ঙাংই—
"নহা ওইরিবৈশিং তুক থোকু-অম্মেদি ঐখোয়গী
লাইবক য়েংগনি হাই। থেংনবা য়াইনা কৈনো!"
সুম্না মনথি অহন্দো। মতম কুইনা কংলবা
উক্রোং উরাং ওইব দৈ বসন্তনা লাকপদা
পামেন এননিং চোংবগুম অহন বাখন পোকচখি।
"ঙসিদি ঐগী সুপী হম্বুবীদে' থোইবী মুক
হেক-ফজত্রি ফাওবদি রৈগে লৈবমখিসম্"
থম্না থম্না লাকপন। ময়ুম কোম্বোং য়োমক্লে।
থোংগাম্বগী—"হো সুপী! হম্বুবী নং ঙসিদি
লৈবম্মুদো খংগদ্রি।" হায়না জোয়না লাওরকই।

চাক থোংলমবা হন্নুবী তারে মাংগোম থোরকই।
হন্নুবীচুনা লেপ্পা মাংগোন দারি অচুদা,
উরে হন্নুবনা—মানা নিংঙকপ-চুপা,
মজাইবেম্মা থোইবীগা, হন্নুবীগা য়েংবদা,
অহল মতম ওইরবী লাইরবী ওইবগী
পোকক্রী হাওদি শেংপনে চাখুমদৈগা থোরক্লে,
হন্নুবগী মমিংতা শক-তু খর খেননরে॥
"হায়রিঙৈ মকু কোরে" হায়না অহল অচুবা
চৈস্থু থাংগৎলচুনা চেনশিল্লক্লে কোম্বোংদৈ।
মতম কুইনা মহাক্কী মনাই ওইজরকলবী
মুপী অহল অদো ঙসি মুমিৎ অসিদি
করিগুম্বা অমতং তৌরে হায়বা হন্নুবী
খংডে উরে তশেংনা। হোরেন মপাম-বোম অদো,
কোক হাইগৎচচুনা ঙাকপা ঙমহৌত্রবদি
মকোক কাইনি হায়চুনা হাইগৎলকপা থোংগান্দা
চৈচু, হন্নুবী চুনা ঙাকপা হৌরে মাংগোম্দা॥
অমনা চৈ হাইগৎলে অম্না' মখুৎ থাংগৎলে,
হন্নুবা হন্নুবী 'নি মাংগোন-চুদা লৈনরে॥
হন্নুবাচুনা হায়—"নিংবরা নং?—নিংচুনবু,
ননাই ওইরিদনা-ঐ।—তৎ! অহল-ওইরক্লবা
মতম সিদা করম্না তৎনগনি হন্নুবা!—
ফজগে হায় নহাই? হায় থিক্লে হায়নে?—
ফজরগে!—লৈম সিজগী পাম্নদি খুদোল্,
খুদপ ফংবা হায়-হাই।" চুম্নু হন্নুবীচুনা,
হায় হায় হায়রিবা হন্নুবগী মাথংদো,
লোইন: পুম্-ইন ইঞ্জরে। সুম্বা লৈন লৈননা
হন্নবীদো ইমুংদা চাখুম লোমদা চংলকই॥

হমুবন্থুম্ চংস্রে। তেংকোৎ লৈজদবগী
চাকখুম্ লৈমায় 'কুৎপদা খাংগয়া থাজহুনা
ইনশাং হৈদোকচরমই হমুবদো মাহুদা
মুখম য়েনা নাম্থ্রে। ইনশাংসু পান্ খোংডমই
মূর্ত্তি থিরে অহন্দো মঙৌ ময়া কাখরে।
হমুবা তিংদম শিরে—সুজা অদাই ওইবীনা
থংলেন নাক্তা কমথরে—লবাই কোইরেন থক্তুদা
লাইজ চাইজরহুনা হোৎনখরে মদোমদা॥
নিংথৌ মজা ইবেম্মা থাদোই মাগী মঙান্না
কেগে লৈকু লৈবাই-ওই, সুকুম মম্বা মকম-কাও,
নুরা মঙান চংখয়ে - অহল দোশা ওইরকই॥
দোমদা সুম্না বাবরি অমরোমদা—কোনা—
চুদাই হেনবা লাংগোইবু, ফৈরোইজাম্বা তোংহুনা,
সুজা খয়্ লাইরবী নুরা-ভাইবা মরম্দম্,
ফুবালাগী লোকোক-লোম খোইরেন-তাকতগী লাকই,
মহ নিংথৌ খম্বনা পাম্বা কারে হায়বগী
কৈবাও হনগে হায়হুনা থেংলেন চাওবৈ য়াথং-পু॥
কোরৌ মৈনা শারবা ইথৌরাংবা জীবনা
কংথিরবা লাইজবু কংলবদা মখুৎতা,
থরুগনি হায়বদি উরবদা মনিংতা,
থক্তি্ ঙৈগী পুরিংগুম্ মুম্বা অহম অহুদি,
হমুবগী পাওদগী তংথাই অমা ইংঙম্মে।
অহল অদো খোইবীবু মশক খংদবহুদা,
খম্বা মোংবান অদিবু ওমবয়া হায়বগী,
বারম্বদা ঙাইরম্মে। অশেংবদি খংনিংলা,
লৈজরমই অহমদো॥ কৈরোইজাম্বা লাকপসি
থাদোই মানা উরকই -শইনম্মা ইবেম্মা আদা

লাংগোই ভোংবা অমথক লাকইবসি কনানো ?—
থংদে 'বেন্মা কনানো ?" হায়নরকই অহন্না।
হায়নরিগুৈ অসিদা মথাই কৈরোইজাম্বা-দো,
চংনা চংনা থল্লকই—"ঐনা নুপী অমবু,
উজরকণ্ডরি 'মিংতা। হৌজিক্তি ইসেন-'বুংঙো,
ইমান থোইনা নিংবদো থুংবা য়ারে ইবেন্মা॥"
মুম্না থল্লকপসিদা চান্নমক ইশৈ-তু
মশকলগে হায়বন্থু থোইনা কম্না ইল্লদে
শকতোকখরে—"কেগে চেংগৈ পাং তুপী
অরাং ভাঙৌ খা-থংবা, মায়কৈ সিপী মুংদায়দা
মুংদায পাকন-লমদমদি, ইংখোন্ চাওগোই তারিবা,
ইমান-'বুংঙো পুরেম্বা ; পুরেন-পুম্রি লাইজ-থক্,
ইংনা লৈরাং শাৎচবি। ইমান-দি ঙাখরৈমা
যুরেন-তোম্পোাকপি 'বেন্মা, মাগী লোইদাম্-গর্ভ-মুং
খাক্লৌ ফীয়াম্-ফম্, থোয়জী খাগা মিত্তন-ফম্,
লৈরাং তাংজ ইহুন'তম্বা লৈ! শিঙেন নংনদি,
নহু নিংথৌ য়োকপদা লৈরাং ঙাংজেংনরবী!
ঙসি নহু নিংথৌদো লাবা পাংগন চাওরেদো!
য়োকচ-মন্দো ফংঙনি ; লৈরাং লৈকা ফন জবা
শিঙেন মনিং তৌজবা, নঙান থোকপা মতমবু
লৈরাং নংগী ওইরেদো। মুম্বা মতম অসিদা
অঙোম চিংদা ভোংবা-খোই লৈরাং পাম্বা ঐসিনা
লৈরাং নংবু ফুক্ত্না পম্লৌ পরিকোর দা
থাজগেদি নিংঙকপা লোইদাম কুইরে ইবেন্মা!
ঙসিদগী হয়েংবু ইহুং অসি তৈরগা
কেগে উন্‌ওম্ ইংগনি। মোইরাং রাখোকপু লোইরে।
চিংখু রাংগোম পুম্রিদা শাৎচরবী লৈরাংদো

খুমন ইংথোন-সুংহুদা লৈরাং হোংজিন্নগনি
ইথুং থাংমৈ্র মদোগুম ঙাক্লগনি খুমন্দা ॥
থাংমৈ্র মৈরি য়েংলম্বা তমথিরবা মালংবা,
থিংগ্রে ঙসি মথোংয়ু। সেল্লোইরেল-খম্বা মাম্থু
ইমান্-ইবুংঙোগী মোংবা-ময়ান-য়াই ঙাক্লমি
অনিম্বুবা কাম্‌গুম্না। তাইবং মিসৌ চংঙরোই ॥
পু-য়াংকোক্‌ম ওন্-থোইনা, পাক্লগনি - লৈয়াং-ও
তরেৎ শেন শেংবগুম শেংলগনি হান্দক্তি ॥
পিক্ক উরেন নংলবী নংবু অঙোম শাগৈদা
শাৎলগদৌ কোয়োবু কয়া নিদি য়াংলিবা,
হাবু বিধি নোংদম্বা !!" হায়না ফৈরাইজাম্বনা
পাথং মদোম শকতোকখ্রে। নূরাশিংনা শক-থঙেঙ।
থাজ মায়থোং শিংহুদা নোংদম লৈচিন থাঙজম্বা,
ফৈরোইজাম্বা মপাওথোন মালংবনা হুমদোকখ্রে ॥
থাদোই মামা—"ইনম্মা ! তাদৈ 'বুংঙো সেলুংবা
মংঙয়নে অসিবো। ঐথোয় সিদা লৈ হায়বা
খংবা ভারে তাদ-না ভাবম্থ সুংঙাইনা-উই।
কুম্মৈ ভৌসি লোৎলুদো ?—ইনম্মা লোৎলু হায়নি ?
কৈ কাম্নগবনোদা ইকাইজৈদা !— কৈদোগে,
হেরা 'নমা লোংলু-আইনি ?—কম্মি য়ানো ইবেম্মা !
ইকোক কোকপা অসিদা কদায়-লোংলুগদগেনে ?—
লোংপদা লোৎপিয়ুবা, উপ্রাকননা হিপ্লিবু।"
হায়রে মচাই 'বেম্মনা। নূমা খম্মু কৌবিনা
লম্-মরি মঙা য়োমদং হন্দোক্তুনা লৌকোকী
লবুক লৈরী' নম্-মেংবী। নূবা প্যাংথক্ ওইনদি
সুংশিরবী লৈরাংনা পুক্রিং হুনা শাৎলিবা
মালেম লৈদা শিন্দুমা, অতুই মথক অতুদা

হিপে খম্ব্ উপ্রাক্লা। লাংঙ্বা কীবুম অমনা
থোইবী ইরেন কুপশিল্লে। নুরা অহম নৈবসি
ফৈরোইজাম্বা অহুদি আদগীনা উরক্লে।
কৈবোইজাম্বা সগোল্দো থৌজিল্লকই অদোমদা।
থোইবীনা—"হো তাদ কৈবু কনা ফারবগে ?—
ইবেম্মা! মাহু লাইরি।—করি নিনা লুরি'-দে ?—
হৌজিক্তা অসি থাইদা নুরা অহম স্নুরমই।
অমদি ?—হাইমা ঐখোই অনিদনিদে তাদ !—
কোক অহম উখিদা ?—হোয়—চুমই তাদা সেলুংবা,
হৌনৈ লৈশাবীগিদি-অথাপ্পদে য়েঙ্ঙগা
মকোক্ লোংনা উবনি।—আদৈ সিদি কম্বিনো ?—
ঐনা ফী থমজবনি !— কৈনো ফীসি শাংইদা !—
ঐনা হুনখিবহুদা শাংনা তাজ-খিবনি।—
মী মাল্লিদা মাসিবো।" মতাং অসি য়োবদা
খম্ব্না খল্লি—"ঙসি হাইদোক্ত্না য়েংঙদি
চোপ্পরনি শোইদেকো" নিংউবদগী খম্ব্দো
খজিকতংদা লেংউরে। মথাই কৈরোইজাম্বনা—
"বেম্মা ফীসি লেংইনা।—লেংজসম্মু করিনো।
লেংদবদে ফীবুদে মুংশিংননি কৈদৌগে।—
হাংদোক্কেদো অহুদে ?—অমাংবা ফীনি তাদ !—
করিদগী মাংইবা ?—য়োং সেম্মু অঙাওবীসে,
মম্বিৎ ওনজখিদরে, ঐখোইনা স্নুম্ লাকপদা
ভাংখলবাইদা চাইথ-শং 'মদা তাক্করেনে সে,
অমুক তোইনা লোইরবদি শোকউবকা য়াদ্রে।—
শোক্লে ঐনু কৈ 'শিবা, মাংঙে, চৈনা কোংখোক্কে।
য়েংগে শোকপা য়াগনি।" কৈরোইজাম্বে বা সিদা
খুএক্কম লৈত্রে থোইবীদো "শেৎ-ফাক্তুলা খিবনু

ইনম্মননে কৈদৌনিগেদো। ইনম্মা সে,
হৌগংলু য়েংহল্লোলাও। করি বাদো ইবেম্মা।
ঐনা য়েংগে হায়বরা ?—" কৈরোইজাম্বা শাওশিন্নৈ।
"ইনম্মা হৌগংলু" হায়বদা খম্ব, হৌগথলে।
মোমোন-মোমেন্-নোক্ত্না মাছ উবদা মবাই
নোকই কৈরোইজাম্বমু খোয়রুম তৌই খম্বদা॥
ভাংবদি থোইবী য়োমদা মিৎতি খম্বদা থম্বই।
কৈরোইজাম্বা মবাইদো—অনি নোক্লখিবসি
উন্নকপা থোইবীনে সেম্বু কৌবী মনাইনে
মুন্না অনি মমিৎতা চেল্লি পিশী ইন্নাবু॥
"লোৎ-লাকহুনা তৌববু করিনীনো ? - লোৎচদে
কোক ভাওহুনা হিল্লনি" হায়নৈ, অনি অম্বুন্না॥
থোইবী সেম্বু অনিদি বাথল অমা বোমদদি,
লৈরুহুনা তাহৌদ্রে, চৎপ্রে নাসোর ওইনা॥
কৈরোইজাম্বনা য়েংথোরকপদা ইবেম্মবু
মিৎতা পিবু ভাবদো উন্নে মুংশা থিরুরে,
শাওরবোইনা খল্লরুই। থাদোই মপি তৈথোকই—
থোইবীনা "তাদ ওসি কৈবু কমদৌরবগে ?—
কম্দৌবা হায়বা লৈতে পাম্বা কারে সনাহল।—
করম হায়না ফাবগে ?—তান্নহুনা থিম্মুনা'
ফাবমিদনা 'বেম্মা ! - তাদ উবিবন্নে ?—
করিনো উবাইবো, ভাবাংইবনি ঐনা॥—
য়েংশিংইদা অহুদে ! নসেন্না পাম্বা ফাবা,
তাদ-'মুক্তা তম্বিবুবা ?—ইকাইদা ইবেম্মা।—
কনাবু ইকাইবগেনে ?— ননম্মা ইকাইনে। —
সেম্ব ফী খজিন্মু হাই, ইনম্মাবু।" হায়হুনা
ফী খজিল্লে। থোইবীনী, সনা মমুং কারবা,

মুপা মফেল ওইরবা. ইমকীন্থ, থোইবীনা,
কুপসিল্লুরে চরোংকী হাবুং অমদা, শিংনাং
খর শাংবা অমথক্ পিরে কৈরোইজাম্বদা ॥
"তাদ ! সিনা তা ওইয়ু খিনবিয়ু কী অদিদা,
নচন-য়েংজগেকো" হায় । কৈরোয়জাম্বা শিংনাঙদো
পায়রে চয়ৈ তাখংলে ।—"পুরেম্বগী মন্থুদে,
পুরেম্বগী মন্থুদে, পলেম তাখৈরেমগী
মপারিদে নহাদে ! খুমন্ চন্থু খমুংগী,
মোপুবাদে খব্দে, কৈরোইজাখৈ মসেন্দে,
থোংলেন-মন্ত্রি মচাদে—নোংথোম্বগী মমাক্তে,
সলাং মাইবৈ মপারি, কেগে মোইরাং নিংথৌগী
মদাই-রেমদে খব্দে, যুবরাজৈ পানাদে,
লৈরাং মকুম নত্তানা কাক্লে-মেলৈ লাংবদে,
লম্দম্দানা লম-থোইবা এন্দম্দানা থাবদে,
ইকোপ-পুংদা তেম্-শিংবা লাইমা-লাংদা খোশাবা,
ভাংবা-শনবু-কাবদে, থাংমায় কৈথেল মচিদা
নিপা কুম্থ্রা থেংনবা, মায়-ওন্দবা নহাদে,
কেগে খোরি কৈথেন্দা তম্বা নিকু মঙাগা
লান থেংনবা মতমদা তাওজ লৈরক্তবদে
য়াইশ-খোংদা পুন্মুনা কথেন সোম্ব কারন্-থা
চিংশ্রবদা হিংলকপা, মোইরাং রাংগোম লাইজ থক
শাংচরবী অঙৌবী কবো তাবী মক্তৈদে
নহাদে লাঙ্গদবা খুমন্-মচা খম্বাদে"
হায়না কৈরোইজাম্বনা চোংশিন্নুনা শিংনাঙ-না।
থিন্দৎলুরে কী অদো । খবং-তংলে কী অদো ॥
নুংঙাইমনখরহনা মজাইবেম্মা থোইবীনা,
"হাহা য়ো" হায়হনা নোকই খুনাক খুরহন্না ।

চরোং লাংনা অতুদা পুরিবদি সগোন্দো
খংঙে বং-খদংতুনা চেম্বখরে খারোমদা ॥
থোইবী কৈন্নু থোওইদে। থিনদংলবা কী অদো,
লৌশিন্নুরে অমুক্তা খুদোম্বীনা লৌশিন্নে,
অহোয়ননা সেগাইরে, ছুকচিনবিরে কী অদো,
খম্বুই মঙক-শম-তুদা—"বিচার তৌননি য়াদে,
ছমাং সৌই হায়তুনা ফৌজরগা কী অসে,
থিন্দংপিরে তাদনা, 'অম্মা য়ারোই শিংবিয়ু।—
করিগীনো ইবেম্মা ?—করি হায়দি করিনো ?
তাদনা তৌবিবনি। নৌপ্‌না তৌরবদি
শিংগদনি ঐহাক্না।—অতুবুদে।—ইনম্মদি
অতুদি করি শিঙেঙাই ?—হোয় শিংগনি ইবেম্মা।"
হায়না লৌরে চরেদো। খম্বু মমায় লৈথোকখি।
কিচ্ছু মারি শাজিল্লে। হান্নগীবু হেন্নদি
ইফ-ফনা পুথোকলে। থোইবী মানা "ইনম্মা
শিংবিরম্নু" হায়তুনা চরৈ অহু লৌরগা
"লৌজরো সেন্নু" হায়না পিথোকখরে সেন্নুদা ॥
ওহাক হরাওনরগা—"মনা পিবা য়াওরুগে"
হায়না খৈরোইজাম্বদো হনপ্রে খোইরেস্তাক লোমদা ॥
থোইবীনা "ইনম্মদি শারমু ঐ শাজগে,
ইমম্মা লাই শাবিরো ; সেন্নু নং পেন্না খোংউ"
হায়তুনা থোইবীনদি শিল্লে, খম্বু লৈপুংদা
কম্বুল্লে লাই শাহল্লে। পেনা লৈস্তে হায়তুনা
'সেন্নুনা হুই খোংখরে। জগোই অসি হৌরক্লে।
সেন্নুনা হুই খোংঙে, খম্বুনা লাই-শারে, ওসি
থোইবী' শাবা জগোইসি ভাবোকনা প্রকৃতিদি।
লাই হয়াওবগী অমুক, খুনন-মপা থোংলেম্না

জগোই ভম্বীরকপদা পুং য়াওই, পুংখোল অদো,
সেনু থোইবী অনিনা রাংগোন পুম্রি রোমদদি
থোরকপদা ইরুবা, ভারে জগোই পুংখোন্দো ॥
অনি হৎনরকপদা খম্বা মাবু খোংলেম্না
জগোই ভম্বি হায়বদি ভারে মতম অতুদা।
"ঐগা ভারবগদি জগোই ঔরাইরগেদি"
হায়না নূরা মহাক্না ঔরাইখিবা জগোইদো
ওসি শারে অমুকা। ওসি জগোই অসিদি
থাংজিং লাইগী স্মাংদা শাখিদবা জগোইনি
জগোই অসি উবদি, উখি সেন্থু মতোমদা,
লাইবক-ফবী থম্নুদো ওসি উরে জগোইসে।
স্বর্গ লাইরৈবাক-ভগী লাইগী জগোই লেপ্তুনা
থোইবী জগোই য়েংনরে। থুমন মচা খম্বনা
পাম্বা ফারা মত্তমদা কুমৈ য়েংবা লাই-য়াম্না
থোইবী জগোই য়েংহুনা পল্লে অমুক লমখাংদা।
স্থম্না ওাহাক শাবগা হৎরে নূরা অহুমদো।
মাংওইনবা চৎতুনা মোংবা মরান য়াই-হুদা
খম্বা হল্লকপগীদি লাংগ্রে অহুম অতুনা ॥
১১

## ২০

# কৈগী মনা পিবা

খোইরেন তাক্কী লমদমদা প্রজা চোম্না তিনবদা,
য়েংত্তা চৎপা খোংলেম্মি ওইদা মপা চাওবনি
খোইগী শাগল অনি-ওই। তুংদা চৎপা মবাইনা
খোইমু মমৈ ওইহ্নুনা খোইরা ওইবা য়াইদা-থং,
চিংজাও খোইমু থম্বনি; মপা মবাই মকুনে
অহুম সিনা য়োমহ্নুনা চংলকপনা নিংথিবা
পান্দম লৈতে য়েংবদা। ওক-লেন তোমচৎ শাগুম,
লাংগোই সাম্মু য়াপন্‌বা নোম্‌-নোম্‌-নোম্‌দি-লাকপদি
পেনবা লৈত্তে উবগী য়েংজবদা প্রজানা॥
সনা নাংদা চংলক্লে—থুমন অঙাং থম্বদো।
"বারোই-চিংগী খোইরাবা—তম্মুম থম্বা চংলকউ।
ইপু অমি কজেদা, কৈরোইজাম্বা সেলুংবা!—
তংত্ত মুহি থাংনোৌবা, খোইরা মানা তৌবগুম্‌,
মুংথিন চুপ্পা খোই মানা লৈরাং কৈদা লৈবগে,
থিক্লবদে মুমদাংবাই শিঙেন মকম থংহ্নুনা
খোইমু মানা লাকপগুম নিংথিজৈদা ইবুংঙো॥
কমজরিবা ঐহাক্কী ইতিক চাদে—সিমকপু,
লৈমাং থম্বান ওইজগে। অঙাং নংগী নগুমা
মহেন্‌বনি চংঙকউ।" হায়না নিংথৌ কৌরকই॥
সনা মাংদা থগমা থুরুথুদক লৈদা কুল—
ননাই ঐদি লমজানি, ইপা হাক্তকতগীনা
পম্লৌ মাবু শেম্বিবা, শেম্বিরকপা মপুমি,
লাবা ইহাক থক্তনু শেম্বিম্বিবা মপুনি।

কৃপা বিন্দু অমতং কংজনবা আশাদা
মপু সনা চোরোন্দা চংজরকই ননাই ঐ।—
তয়ুম খম্বা নডোন্দা পিজিংবগী ওনখৈদো
থিবা ফংদে ইবুংঙো! অপ্রিবনা মবাংপা
নুংগী গুম্মা মহেনবা থোক্লে খম্বা ঐঙোন্দা॥
তোম্লবা নিংথৌ ঐশা বারৌগনু চংলকউ।
ইল্লকইবা নথোইস্থ বারৌবিনু ঐহাকপু।
হোয়েন বৈষ্ণব অশিনা মনিং থুংঙকত্রবদা
মেনবিয়ুকো থাই তুম্মা। লা-না বাংলে, লৈনা-শিল;
লৈনা বাংলে, লা-না শিল. শিনবিয়ুকো থাইসিনা।"
তাকপি সনা যাথংদো।। সনাই-সনা ওইরবা
মপুই য়াথং তাবদা পি তানয়ে মিং-মিংতা॥
"মীযোক-মীচান ফজবা জিংথৌবেন্দি" হায়তুনা
থমোই য়াথং অমৃত থোইগী মশক ওইরবা
থকই ময়াম অসিনা। চুপচৈ মঙৌ অঙ্গুম্না॥
থুমন্ মানা থুমজরে—"কেগে নিংথৌ পুরিক্লাই,
কেগে-শিংথোং-লমগাই ঙম্বা ইনিংথৌবু! ননাই
লমজা ওইরবনি সনা মনি মুক্তাগী
গুন্দি সারা থংজদে। সনা য়াথং অমৃত
থকচবনা ঐগীদি লমজা থমোই ইংজরে।
মাসিতগী আশানি" থুমজৈ নোংয়াই অঙ্গুম্না।
থোংলেন-চাওবা অতৈম্বু থুমজৈ ম্বুম্না লোইনবা॥
"মুংঙাইদা চানবা মরিমক, সিমকপু ঐমা পিনিংবা
পিজগে খর-দংদি;" হায়বি মোইরাং নিংথৌনা॥
সনা য়াথং হেক তাবা মতম অম্বু মকতদা
মকু মপা মবাই খম্বা নিপা মরি অসি
ফীগাও সাজৈ।—"ওলিগী কোবৌ সিদগী খম্বা—

নপা-পাথাং কংবা, নপু-পুরেপ, নমা-মাথাং
নবেন-পেম্বাং ইন্না কংবা ওইজরোকো থম্বা।
ভসিদগী হৌহুনা, মোইরাং কময়োন মাপল-দো
সিন্নজগে য়াবিম্ব।—পুশ্রমথা, নোংথোনব মু,
নমথোং হজবা, ভাঙৌরাকপা, ওকচিন্নাকপা, মুগা
থাথ-হন্‌বা, লাইথ-য়াকপা, চেংলৈ হমবা, ভাঙৌ
লাকপ, ওইরোকো কম-সে। অসি মতুং ইনবদা
অকবদা দোলাই তোং—অকুম্বম্ব, অচানবা!
কায়গম্বকো। অসিগী মতুংইন্নবা পে-দি
তোরে নারেকপা পেনি অঙৌবনা নারেকপা।
নোংয়াই মাংদা অরংগী অল্‌বার খানম্বু কায়ম্ব।
পেঞ্জগেকো ঐহাক্না ঐনা লৈরিঙৈসিদা।
অচেং অকোম বাকম-দু হায়নিংবদা ঐঙোন্দা,
ঐগী দারি কাওবদা চংলকপদা নহাক্না
কায়বিগম্ব থাবিম্ব—নাক য়েংতা থাং অনি 'মা
মাংদা কীরান থুনবিবা; থুমন ইতাও নিংথৌনা,
পেনবিসম্ব তাবদা। ইকোপ পুংদা অচুঙৈ
শন-কাবদা হাপপ্রবা নিংথৌনিদো ইবুংঙো!!
নিংথৌ থুবমদো ঐম্ব পিজরবনি থর
ভমজ মথৈ ঐগীম্ব। ভসিদগী হৌহুনা
মাক্লোয়েন্দি কৌরগে! ইমোম থৌইবী ভসিদৈ
নাথৈ শেংজরবনি। মাক্লোয়েন্দি ইবুংঙো!
থুমন অঙাং অতোমপোক ঐগী কোক্তা হাপলিবা!
সনা মপুং ওইরবা সনাই মুহপ অসিবু
লৌয়ো। নাইন্ সমাগী লৌজরোকো সিমম্ব।"
পিনবিরে খম্বনা। মতাং অনি য়ৌবদা—
মবাই কৈরোইজাবনা, থবৈ শমজিল লৌথোকই॥

সনাই কোকথোন্ লুহপ, মনাই খাংচেৎ নমখাং পিরে।
সনা কাম্-ভৌরবা ফুরিং লিংলে খুমা। সনাই-
চিংলাই শাবা কুন্দোর নাইন পিরে মনাইদা।
সনাই চোমায়-খাকতরে। দোলাই খৌগল-লাংগল
ফংজরে লোইবা স্তুরে। অমুক মুমদাং-নাই চামা,
শন-চামা অমা পিরে। তুগী নাই চামা-অমা
মচা মস্থ লোইননা পিনবিরে তুমস্থ।
মপুই খুদাংদা শিবা সমজোকংমবা খুজি-দি
মীরাইবনা ফংগম-দা পোংলাইবনা উঙমদা
সনা খুজি পিবিরে—সেম্বক সেংপা সনাগী,
কাগোক লুপা সনাগী পিনবিরে। নিংথৌনা—
"খুদোং সনা য়োখদি ইনাওগী খাককে তুগা
মানা পিত্রে পিগনি ঐনা থম্বা।" হায়বিরে।
"লুপাই ভাম্বক থকউ সনাই ঝিঙুর মরিস্থ
তোংজে খবুং শাবা থকচো" হায়তুনা ভাকপিরে॥
"অচা-চাদ-মরোং লৌ, লৌদি সঙাই-কোম্বী রো,
মকু ছইসোল-লো, তেকপী ওকফারো, খুমু-পান্ফেল
লো, কেগে মোইরাং থম্বান-নোংশারো, অসিদগী,
পরি চামা চাজরো। ইচাগী মতুং ইনবা
পরি চামা অমনে চারো পবি চনিসি।
ইনবা সিগী মতুংনি শনস্থ চামরি লোজো।
খুনম অঙাং ফংজরো—ইপু চাওবা কমদোই?
মনাই মপা ইতাওদা।—ইপু খোংলেন কমদোই?
ননাইনা ঝিংবা থুংজি।—নিংশিংউনে অচানবা!—
তোর্ব্বুং থুমগোং।—তুমইহো, *থুমগোং মাপল—চাজরো,
ইপু চাওবা কমদোই।—ননাই মপা ইতাওদা।

* থুমগোং মাপন - ইতুং মাপল কাওবা হায়বনি।

ইপু মন্ত্রি হায়্না।—নিংথৌ য়োদে ইনিংথৌ।—
হি কৈনো, করি থাংলি?—ননাই মপা' চায়বা—
কবুই লোইশাং মাপম্নি কনা পুনি লোলাইদে? –
চুমই খম্বা চাজনো। চাওবা করম?—মপাদা—
ইপু করি—? য়োদবি — নিংশিংগুকউ।—ইনিংথৌ
তাংবল্-লোইদি?—চুমই হো, চাজখনো।
চাওবা?—ননাই মপাদা।—মন্ত্রি ইপু কমদৌই? –
ননাই নিংবা থুংজনে। ছুদি ইমোম পোকপদা
চৎলো—" হায়ছুনা খম্বা চংজরকলে মরিদো।
কোয়ৌ মঙান লাকপদা কোকখিবগুম অমম্বা
তাকখিবগুম লৈচিনবু, চিংখু মবুক নিংছুদা,
মলোম পুবা কোকথনে লৈতরে সুংঙাইতবা।
নোংমাই মশক উবদা সুংশিবনা চিংখুবা
নিকই মযোন ফাইখনে। খম্ববু শংত্রিক য়েংই
ঙাইনা লৈরমই। "চংলকউ ইবুংঙো খম্বা!
ইকু পমগে মাক্লৌরেল! চিংউ মিনম্বনরা,
সুংঙাইরুদে ইকুনা সুংঙাইতবা কোকে লাও!—
ননাই ঐ সুম্বা!—কৈনো পারি ইবুংঙো নংবো!
মচা পম্বা মপানা লৈতে দোষ করিম্ব!
কেগে লৈপাক তাহৌরো: উদবম্ব উহৌরো!"
হায়না চিংখু চোংথনে। খুমন খুজেং পায়োইনৈ।
"নংবা ঐগী ইচানি থোইবী মাদি ইমৌনি।
ইপাই কর্ম্ম নংনা তৌ! নত্তে ঐতম্বীম্বনে,
য়াম্বুং-ইবুংঙোগীম্ব পুম্নমক্ অসিগীনি।"
হায়না খম্বা পমছুনা হইগোই সিং য়াংগোই নামে।
খুমন মাবু চুম্নকই, থাগৎনরে লৈপাক্না।
নিংথৌ প্রজা পুম্নমক "জয় ওইবে" হায়নছুনা

লাওরে মীয়াম হৌদুনা। পুক্লিং মকা লামনরে॥
ইকু পিগে ইবুংঙো—মাই চাম্বা, তঙৎ-চাম্বা,
তমং চাম্বা, শন্-চাম্বা-পিগে পিনা ইচাগী।
মাই-য়াথে শন্-য়াথে লৌ-য়াথে-সি তোপ্পা লৌরো,
মাসি কৈকা মননিকো। পকইবা ইকুগীদি
হকচাংদগী পুম্নমক—দোলাই পেগা কোম্নন
পিরবদি পুম্নমক। মনা য়োম্বা ইকুগী
হিদাক কুসে-য়াম্বুংনা থাক্লক মাল্লে, মাসিমু
লৌজখরো ইবুংঙো!!" হায়না লোইনা পিখরে॥
যুব্রাজে মনা লোইরে॥ খুমন মাদি যুব্রাজে
কমই মাংদা; লৈপাক্কী অঙম্-মথৈ চংনরে,—
মানা মানা ঙম্নবা মনা পিরে। কনানা—
নাই হুন্দ পিরকই। য়াথৈ নিকু অম্বুম্না
অমা পিবা য়াওরকই॥ অঙম্বগী লোইবদা
সলাং মপা মিংথোনা কবুই লোইশাং, নাই-অতু
চামা চামা পিনবে; পিবে মনা অম্বুন্না॥

---

## ২১

## কোন্নুংদা হুন্নকপা

কেগে নিংথৌ মপুনা—"প্রজা পুম্বা কমদোই!—
অজ্ঞা লেংবা য়ারনি" হায়নৈ। হয়াওনমক্লে,
পুংয়ৈ সেঙগোংনমক্লে।—শারাও-লাল্লাও খোন্-হুনা
লাওরকই ফুইনা ফুইনা লৈপাক তক্লা কায়ক্লে॥
পুংয়ৈবা বাশী খোংবা মাংদা,—অহুই মথংদা—
মাংদা নিংথৌ ময়াইদা যুবরাজ চৎলি, হুপী
মথংদা প্রজা পরেং চৎলকই। অঙোম মথৈ
য়োমহুনা চৎলি অঙোম নোংবান্না॥ খম্বা মাদি
লৈহৌরে। খম্বা চরৈ হোংলে পম্নুং চংখরে॥
নুরা কুঞ্জমালাগী মশা অচু থিরক্লে।
নুরা মাগী মশাদি থাম্বী মৈশা কংহুনা
ভাসিল্লম্মে তুম্পক্লা। লাইবক থিবী মহাকী
মবুং মৌপুম্বা শক্লা লমজা মাগী মবুক্তি
লমজাদনা খংবনা, কুঞ্জমালাই মশাদো
পুয়োৎ মথৌ য়াংগেন্‌খরে—লমজা মথৌ ওইনা॥
মরৈ তাবা হাওশিংনা সিদোকহৌরে সগাইদো।
মশা তন্না শেংদোকই সনা থৌগল নংনবা,
অয়ুক দোলাই তোংহুনা কুপংলক্লে খম্বদো॥
কুঞ্জমালাই খনবদা মুংঙাইনদে ময়ামদো।
মনাই অয়াম য়োমহুনা কৈনা মাংদা খাহুনা
খুমন মচা কায়কই শারাও খোনবু লাওরকই,
লাল্লাও খোনবু লাওরকই। শা-দা ইশৈ শক্লকই
লান্দা ইশৈ শক্লকই॥ মাংদা নিংথৌ লেংথিবা

অহুমগী খম্বিবে তুংদা লাকপা খম্বগী
অময়োমগী খনিনে খনি পুম্না চংলকই।
ইথক হৌবে লোক্তায়, পুথি থক্ খক্ নিকখরে॥
খনি অসি তাবদা তাখরিবা খুন-শাংদি—
ঙাশ্ব-লবাই, উয়ুং লবাই খুল্লক মীযাম-সিন্বা
মীনা কীঙৌ কৌখরে থোক্তুনা য়েংনবনা॥
রাত্তোন উত্তোন ফাওবন্সু উরোক সংগু তোংব-গুম
কবোক লৈরাং শাৎপগুম শাৎলে লবাই মশাংদো॥
"হাই হাই! ফজে, ফজেদা মোইরাং নিংথৌ য়াইফবা!
যুবরাজ ইবুংঙো! খম্ব'গী মচা খম্বা!
নিংথিদকো ফজেদা! উথিত্রি মাংলম-চৎভা,
মতুংদয় উয়রোই! লাওনবক্রে ময়াম্না।
কেগে খুমজেল্দি নিপান—মোইবাং লৈকাইদি মাপল্,
খা-রাং, নোংপোক-নোংচুপ তাবা কাংবু খনমদবে,
থুমঙাক কৈঙাক পূম্নমক চেন্নরকপা কুমৈগী,
তিংখং লাংখং যেংনত্রে, ইশিং কংফান খংদরে।
মোইরাং কৈথেল্দগীনা পুম্নোম-নোম্মে মীভনা।
অথেম পোৎনা লেংখরে। য়াওয়ে ঘোট থাংমৈ 'চিংবা।
মতম সিদা অঙোমগী নোংবান তালোই অহুম্নি,
মপুরোইবগী পাওসি তারে, অহুম থোরকই।
অমোৎপা ফী অমমম্—ইগ্রহুনা লেপখরে,
ঙাশ্ব কৈথেল মচিন্দা। হৈরান লৈরান-লখরে,
নিংথৌ চৈরাপ চংখরে। যুব্রাজ অঙম-অখৌ,
চংখ্রে প্রজা থো-থোৎপা॥ কৈনা মাংদা, খম্বনা—
তুংদা পুম্নং লংহুনা উমযক্লে লাকপদো।
কুম্মৈ য়েংবা মীয়াম্না—"ফজেদা—মোবারেম্না
খুংগুম্বগুম ইবুংঙো নিংথিজেদা ফজেদা"

হায়না কৌনৈ থাগৎলে। খুম্বন বানা—"পম্বৌশিং,
ইমা ইবেন খিবিকপু—" হায়না ভক্তি ইয়োইনৈ,
নোনজবদি বাহৈনা খুমজয়কই। ময়াম্বা—
"মজোল ওয়ু ইবুংঙো।" হায়না বোর পিবিয়ে॥
ওয়োকপনি অবাবা মপুরোইবৈ মৈচুনু
জীব কনা থাংগনি। পৃথি ভূম্বা চাকপদি
খাম্বী মৈচাক অচুবু শাবা থাংবা ইনাই-নাই।
মপুরোইবৈ মৈশাদা থাংগদবা মুপীদি
মুপী থমোই লক্তদি য়াওদে মুপী কনাসু॥
অচুওবা মৈ অদো কোলোমদনা ইদৌবা
কনাই মতিক লৈবগে। পোইরৈ ইশৈ হায়দুনা
লৈরে হান্না চৎতুনা থাক্কী লিশিং অমদা
খঙ্বিরম্মে হাপ্তুনা। পেম্বা খুৎতা পায়দুনা
পেম্বাচুগী মুরনে; মীরোইবগী মপোক্তা
পুইনা ভৌবা নিপাগী লাইনা থাবা থোনাওগী,
খোনখোক মরিক্ মকোন্নে, পেনা-চুগী শরিকনে;
মীওইবগী পুক্নিংগী অবা মুংশি, ভেংথাবা,
অকন-অথৌ, অকিবা, তুকচবা হংগোইবা,
মথল-অরাই হায়দুনা-লৈনরিবা রাগীনী,
মথল লথা কয়াদা শৈদাচুগা পান্লিরে।
সিনা পুময়োম য়োম্নবা মুরগী ইপাক অচুম্বা
বাকয়ৈ মাবু ওইদুনা শুক্তাশিংনা ভাওদুনা
তানগী ইথক অচুনা ইপোম লাইনা পুম্নকই।
মৈতৈ ইশৈ শকপগী থমোই য়াওবা "কলা"গী
খুৎলাই-ওকপু শাথেক্লে পুম্নমক্তু উবদা,
পেম্বা ইশৈ হায়দুনা কাওবি মৈতৈ লৈপাক্লী॥
"খম্বা-থোইবী-শৈরেং" মু কাওবা ওয়েদে কনাসু॥

মৈতৈ ঐগী নাকোংদা তান্নি ওসি কাওবদা
পেন্না ইশৈ শৈশকপু—থমোই নুপ্পা নুংশিনা ॥
য়াহৈ পরেং থরবু রাগ সুর পান্দুনা
ইশৈ ওইনা শকপা য়াই, হায়রুবগী মাহুত্তু,
"শৈরেং" হায়রুবদনি। য়াহৈ পরেং অহুম্
পাক্লবদা ইশৈগুম্—ওইরোই-মুংঙাইবত্থুদি ॥
সিগী অমুক মথক্তা, লাইরিক সিদা ইরিবা
শৈরেং শিনা লেপ্লদি—খোনথোক ত্তরেং ত্তরেংনা
য়ুতুপ অমা ওইবনি, সোর হোনফম অমনা
য়ুশিং অমা লৌরগা ভাংকক্ নিপাম নিপান্দা
পরেং শাবা শৈরেংনি, থাইদৈ লাইশ্না-শমওংনি।
শৈরেং শিংগী মন্নুংদা রাগ-রাগিনী তুগী,
মথন মথল, কোটীনি। থম্বা খোইবী শৈশকপু
শরুবগী মতম্‌দা সুরিবনি ময়াম্‌সি ॥
লাইরিক সিবু ইবনা—শৈরেং শাজং অমত্তা ॥
অহুনদি কবম্মা পেনা ইশৈ তাবদা
ফংবা শরুক মুংঙাইবা হুবু করম কংগনি!
লাইরিক অসি পাব-না ওইরোই মাহুৎ কংঙরোই ॥
যাহৈ অমা অনিদং লৈগী লৈশক খংদবা
অপংবা—"অঙাং" ঐনা, লৈরাং ওইনা থম্মুনা,
নাচোম-নি তুক-নিংবা-শা, নাচোম ওইনা পুন্নবনি ॥
জ্ঞাতি জাতি খুদিংগী মাগী মাগী ওইবত্থু,
মতিক চাবা মন্দির শাম-তুনা লৈনয়ে।
নোংথাং থাংমৈ থান্দুনা মমা পূজা তৌনরি ॥
লৈজদবা অপংবা ঐগী ইপা চাবদি
য়েংদৌ মপান ওইসম্মু, শিংউৎ চরোৎ ওইসম্মু,
মোৎকে মথে মোৎসম্মু খিৎত্তদবু ওইসংস্থু

ইমাই চোরোন্-উনবা মৈরা 'মতং পায়বদি,
অপংবগী আশানি ।। থাওগী থাংমৈ অহুবু
থাংমৈ-থাওমৈ হায়নরি—কালি কাগে কাসন্থু
ঐদি উচান-চম্‌গানি । ভাগ্য-ফবা নহাক্না
নোংথাং থাংমৈ কংলকউ । নিংথিরবী ইমাগী
ভুখোং, মায়থোং খুদিংদা লাইরম্বা মচানা
মোংহল্লম্বা অপুম্বা, চরু উচান মৈনিনা,
উরমদরে ঐহাক্তি । মুংশিজবা ইমাগী
প্রেম্‌হুনা কনবদগী থিরবম্থু ইমানি,
ককরে ইমানিদি খনথিবনা ঐগীদি,
ইমাগী চেংলৌ অসিবু ককবোইদা নিংথরে ।।
অমম্বদা ইমানা অমৈ খুংতা মচেং 'মা
নমথাংনা মফম 'মদা , কোকৌ লুহুপ্না 'মদা,
মচোই মচোই লৈরকপা, মফম অমতদদি
ইমাই চোরোন উজগে থংথিদবা অহুদা,
ইমাই শাওং অমতং লিংথংপনি ঐহাক্না,
তুংদা লাকপা ইনাওনা পলেম মশক থংনবা ।।
ইনাওশিংনা "ঐখোইবু ইমা লৈত-মচারা"
চিংনগনি হায়বগী "ইয়াম্বা ইপি লৈখি"
কাওদনবা হায়হুনা — ইমায় শাগৈ য়েকপনি ।
লৌশিং চাওবা নখোইনা নযাখগী অপংবা
চাওরাকপসি য়েংলগা ইমায় চেংলৌ শেম্মকউ ।
থাওগী থাংমৈ থাল্লকউ অচৌবদি ইমাগী
গুন ময়াম ওইবদগী লাইরজবা ওইবনা
ইনিং থুংবা শম্মমক্রে । নহোয় ননিং খুঙঙরোই ।।



ময়েক পরেং বাহৈবু স্বর-তাল কোয়না
হায়রবু ইশৈ কৌই। বাহৈবু মতম হূদা
কয়া মুংশিবগে, শুন কয়া ওইবা, লৈবা!
মাহু হায়ত্রবস্থ খংই থাইনদগীনি।
খম্বা থোইবীগী বারি অসি মৈতৈ পেনা-না
করি ওইহনবগে হায়বা অহুদি অঙকপনি—
স্বর-তান্‌গী ইপাক্তা—থুম্না খম্বাল হৌরবা,
খয়ো, থারিকথা শাৎপা, থাবন কবা অহিংগী
অয়িংবদা, অস্তুকপা চিংগী লোক্তা, অরাংবা
অভিয়া, অকনবা লান, অমম্বা অহিং মঙান,
অয়াকপা বাকচিং, কালেন মুংশাদা, বসন্তগী
লৈরাং মরক্তা পূবা, শ্রুতা চিংবসি—ঙমই।
মপুরোইবা কাইনবা মৈগা, যজ্ঞগী মৈগা,
অনিনে, শিরবদি নিপা, শিত্রিবা গুপী
পোংশক মরি অসিগী মরক্তা খম্বা ঙমই—
অস্থুক ফজবা মৈতৈ পেনা সিগী শৈশক্তি।
সুম্বা শৈশক অসিনা ঙসি অঙোম নোংবানগী
মপুরোইবা তুরবা তালোই অহুম অসিবু,
মোইরাং ঙাংখা কৈথেলগী মচিদগী পুথোকপা
অবাবগী মূর্ত্তি অহু ইক্লগনি কনানা।
ইক্লবগী য়োবদা ঙম্নদবৈ তৌবনি।
অবাবগী স্বরদা শৈশক পাম শকপদি
থমোই কায়ন-মশকনি। সুপী অহুম অসিবু
খম্বা মাম্বা উবদা থমোই পূবা য়াদরে।
যজ্ঞ কুণ্ড মমুংদা হুন্দুরবা লৈমাংগুম
অবাবগী মৈহুনা পুম্‌কা কানা উথরে॥
মুজা অহুম অহুনা মপুরোইবে মতাওদি,

মবুং খম্বা য়েংহনা—"ইবুং-'বুংঙো-ম্নাইকম্বা!
নত্তাও শোকপা কৈন্থবু—মুজা তেম্লাং-ইখুং-দু
ননাও-খুংতা পায়হনা ম্নামজহৌগে ঐখোইনা!
নত্তাও লাইবক থিবগী করোং-খুকুম্-জহৌগে,
ঙাইখোং-ভোনবা-ইনাগে, তাকপিয়ুকো ইবুং-ও!"
চোংথোকচরক্লে - কপই!! লমজা মপুক কবনা-
"ইচন খম্বান-মানবীশা! থম্বান মানবী অহমমক
ইত্তাও শোকপা পাম্ব-দো, ময়া কবাকু খন্দুনা
মমৈ ফীমান শাহনা লম-লেন খোইরেন-তাক-তগী
পুরক্লবা অসিনি। হায়নরিবা পাম্ব-দো,
ইত্তাও মাগী লম্মন্দো নবুং ঐনা শিংঙক্লে!
পাম্ব-অসে হৌজিকতি—ওইখরে খোয়ুম মাগী।
হায়হৈদরে ইচন-শা! ম্বারুরম্ব হৌজিক্তি—
ইতাওনম্ব নত্তেদো মত্তে পাম্বা মান-দ্ব।
বিধি ব্রহ্মা কৌব-লাই, চিংউ মাগী নোংদম্বি।।
শাওহৈদরে শাওরুম্ব—ভুংগী শরুক ওইনবা
নিজহৌকো বোর-হুম!—হা-তাদ, ইবুঙেঙা-ও
পাম্বা মাগী মফমদা নত্তাও লমন শিংঙকপা
মুংঙাইজরে পেজরে। ম্নাইফবগী মথক্তা
ম্নাইফবদি ওইবিয়—খুরমজগে পাম্ব দো
ইবুং-ম্নাথং ইন্দুনা।' হায়না মুপী অহুমদো
খুরমজরে পাম্ব-বু।—"ইবু-ধো মুজা' খোইদি
মুগ্রা ওইরে মাংঙেদো" হায়না কপই মুজাশিং!!
মুজা অহুম হুজিনথ্রে। চৈরাপ হোজং য়োবদা
পাম্বা মাবু থারে। খম্বা চৈরাপ্তা চংলক্লে।
নিংথৌ মচিন্ মনাওনা—"হা ইবুংঙো পুথ্রম্বা!"
হায়না কৌরে খম্ববু। নোংয়াই চংলে কমথরে।

ঙাহাক অহুম লৈরে। মপু সনা চোরোঙ্গা
মথুং লোৱৈ খম্বনা।—"হায়সি পুঙ্গবা" ঙাকপি
মোইরাং নিংথৌনা। "ঐবু লোয়বা ইনিংথৌ!
ননাই ইচেম লায়রবী বাজরক্লে, ঐহাকপু
য়োকপিরকপা, ইচেমদা—কম-অমতা ননাই-ঐ
উনজনিংই ইনিংথৌ?—হায় হায় অচানবা?—
পুঙ্গবী পুঙ্গবা হায়বা অশি অসি ননাই ?
য়াম্না ফবে উঙ্গরো।" হায়বিখরে নিংথৌনা॥
খুমন মসেন মখাইনা খুরমজখ্রে নিংথৌবু!!
কেগে চৈরাপ অতুদা কৈরোইঙ্গাম্বনা য়েংতা,
মথং মসেন খম্বনা য়েংকা ওইগা অনিদো,
মুমিং থাগুম ঙান্নুনা ফমখ্রে মুমং-তুদগী॥
নিংথৌনা খম্বদা হায়—"ঙাঙৌরাকপা।—ইনিংথৌ।—
কৈয়াং থেকও।" খম্বা "অজ্ঞা" হায়দুনা কৈ-কৈয়াং
থেকপদা ঙমখ্রে খম্বদো। মুপা থোংলেন চোংথোক্লে—
"ইচা ঙমদরবদি মপা 'পোকপা লৈরিদ্রো!
ঐনা থেকে" হায়দুনা থেক্লে থোংলেন মন্ত্রিনা॥
খম্বনা হুইরিল থংলে। ইন্নুং থোংকাপ্ন রায়রক্লে,
তাইবং পুন্সি শাদোং-ওই, কোরৌ নিংথৌ মহাক্না
নোংচুপ থংবা মায়কৈদা লেংসিন্খরে তাখরে॥
লৈপাক চাইথ-য়াকুমমে, খম্বা কুমথজরক্লে॥
মমা সকপি মচেম্নে থাদোই মনেম মচানে,
মনাই সেন্নু কৌবিনে—মুরা কাংবু অসিনা
খুমন মাপী হোজংদা লৈরাং থম্বান শিংদুনা
কোরৌ মায়কৈ য়েংবগুম—লৈজরমই ঙাইদুনা।
খুমন্ মচেম উবদা কুমথজরে দোলাই-দৈ।
মচেম চোরোন শোক্লা খুরমজরে খম্বদো॥

নোংয়াই মচেম য়েংহন্না—"ইচেম কৌপে ইমানি !
পলেম পন্থো অনিগী থবাই মাগী কায়দোংফম
পামুজবা হুকচাংনা তিমথিবগী মফমদো
তাকপিন্নবা" হায়জরে। নোংয়াই-মচেম'—তাকপিরে।
খম্ব্ থোইবী খম্বনে—অহুম অসি চংথরে,
য়েং-ওইননা তরেৎ-লক কোইরে খুক্মজরুরে।
লুপা সনা কয়াদি খুজোক থম্না থম্না লৌ
চাইরে মপা মমাগী—সোসান্ লমদম অহুদা॥
খুরুমম্মে অহুদৈ মোংবা মংগাই মুংনাম্-চান
হঞ্জিনরে পোৎথারে। মুন্না মনেম্মচান্না
খুমন চোরোন শেংজরে। মনাই সেম্মু কৌবিনা,
চাকশং য়াংগোই নোমথরে, থোইবী মপু মনাইনা
সিনি হুনি হায়নজৈ—তম্না মথেল্-লুকোয়-লাং,
তম্না লুকপু হাথরে। হয়াওনরে ময়ামদো !!
খম্ব্ জগোই শাথরে—ইহুনিংথৌ কা-দদি
য়েৎলদোবা মীদি উজদরে মোইরাংদ।
থজখরে মচেম্না। ইম্নুং শোয়বু লেনখরে॥



## ২২

# খম্বা থোইবী লুহোংবা

ইমুং সোরা তৈরক্লে, চিংথে লংলা চিন্না চিক্,
কাইরৈ এঙথোং-নেম্বনা ইমুং চিংথোং-য়াকৈরে।
লোক্তাক-উথুম্-থুপী চানা, ফুম্দোঙ মতা ফবা
কায়দোংহ্না য়াকৈরে। লোইবী হেন্পাৎ অমুবা,
চেক্লা পাওহন্-চেকশিংনা, কাক্নী পাওজেন- জরক্লে।
তাইবং চিঙ্গাক থিনবা—লোইমু-ময়ন্ শানবরু
চৎনরক্লে তাইবংনা॥ তিন্ কাংদগী চিংবস্থ
উচেক বায়া অপূম্বা চিঙ্গাক থিবা পাইনরে॥
নুরাই 'বেম্মা লেংখৎলে, মনাইশিংসু হৌগৎলে।।
মনেম শকপী লাইরবী নুরা খম্ব্ হৌগৎলে॥
ঙরাং খুমন্ মহাক্তি, পাম্ব তান্নরুবগী
খর বারে অহুনা মিংতি পাংঙে খম্বদো,
হৌগৎতরি। মচেম্না—"ইদুনিংথৌ হৌগৎলো।
কোরৌ মাপা নম্‌গনি" হায়না মমা ওইবীনা—
নাবা মচা য়াকৈবা অহুঙম্না হৌদোকচৈ।
নুরা মজাই' বেম্মনা সেবা লাংবা তৌজরে,
মচিন মৌপুরা' নিগী। খুমন মাংগোন থেঙ্গং-লাং
মাবু পোকপা মপাগী ফমফম হুদি শোক্তোনা
নোংয়াই মাদি ফমজরে। মমা ওইবী মচেম্না
ভাখৈমা মমাগী শোক্তে ফম্ফম মক্তুদি
কম্মে অনি স্নমদৌনা ;— অরাবদি লোইদরে,
ওন্থোকপনি হা বিধি !! খপান হায়বী লৈমাংনা
কোরৌ মঙান থোৎলিঙৈ অমুকতদা শাৎকাইজে।

থরো কৌবী লৈরাংস্থু—ইংবা লাইজ থক-তদা
ইংবা সুমদাং থাবন্দা, মালং ইচিক তাবদা,
ইংবা থাজ মরুপ-ওই, ইংবা থাজ মায়থোংবু
সুম্বা লৈরাংশিং য়েংজতুনা শাৎনজবনি ॥
খম্ব কৌবী লৈরাংসি হান্দক মোইরাং লৈপাক্তা
শাৎলরিবা অসিদি ওয়্যোকপগী নোংদম্নি ॥
থোয়ুম মানা শিনবদা—পুকচেল কনুবা যোগ্নী,
ব্রত কয়া অমনা থাংবা বারগদৌবা,
অহুঙবা মৈরক্তা শাৎহনবিযে লৈরাং-সে ॥
খম্ব পোকপী মমাদি থোয়ুম লাইগী মচানি,
ভাগ্যরৈমা হায়বিদি থোয়ুম লাইগী নিঙেঙাম্নি।
মমা মপা লৈখিদে, রামগী সীতা কৌরবী,
খম্ব শাগৈশী মৌগী মপোক অহুঙমতুনা
অম্যোৎ থোইবা চৎপদা ভাগ্যরাকপা কৌজবা
মোইরাং নিপা অমনা হেক পোকপদা ভাইরিবা
অঙাং অমা ওইনদি খুল্লকপনি লবুক-তে।
মাবু য়োকপা নিপাগী মিংবু লৌতুনা "ভাগ্য-
রৈমা-য়ুরেন তোম্পোকপি" কোলোই সুম্বা কৌবনি।
লাই-নিংঙোল অসিগীবু থোইথা সুংদা পুতুনা,
খিংথৌ সমা ঈ-তুবু, পোকপিরম্বা খম্বনি ॥
থোইবী পোকপী মমাদি খম্ব মমা ফংজদে।
মপা রোমদা হায়রগা কথান মচা হায়ব-মক
থোকচদবী থোইবীনি। মাগী যুগনা ওইবনা
থোইবী থোইবী হায়তুনা কোরোদোগুম ঙাওবনি।
মাগী মতম নৎত-বৈ নুরা খম্ব কৌবিনা
অচিকপা ইন্নুং মমৈ নিন্থুং থোকপা থাজগুম
ইংনা লৈখিবদনি !! সাগন তুকাং পানবনি,

কোরৌ থক্তা কোযবনি, কোয়না পাইবা অমানি,
খোইমু মানা তোংবদা থাংবা ওমই হায়হুনা
লৈরাং ওইবী শিংহুদা তোংওহুনা উচেক্লা
থাংনা ওম্ন-হৌনদে। শম্লাং কোয়কক্লরিবী,
নুরা লৈরাং ওইরিবী য়াখরেদা খম্বদো !!
ইচন ইনিং হায়হুনা করি থংজদহুনা
লৈজগদৌ' খম্বনা—মমায় ফম্ফম লাংলা-ফম্
অসি পুম্বা থম্লগা—"ইমা ইপা লৈরেদি,
ঐনা ভাঙোইদনিকো হা ইমা" হায়রহুনা
চিন্দি থোক্তে মমিংতা পিগী ইম্না হৌরকই।
মহুনিংথৌ যেংহুনা—"ইহু নিংথৌ ইবুংঙো !"
হায়না খম্বা কৌরকই। "ইমা শকপী ইচেম-হল,
করিনোমে ইমাবো ! করিদৌরবগেমে ?
'চেমগী অরাবসিবু কোক্লগত্রা হায়রবু,
পুক্লিং করি লাংবগে ?" খম্বা চোংথৈ ফম্ফম-দৈ'
মচে মাংদা কুন্দুনা হংজরকই মচেমদা।
মতম অসি থোইবীদি লৈতে মাংগোল-লাংহুদা।
মনাই মথৈ উবদা ইঙক ঙকই "করিনো !
মুমিং চুপ্পা অনিসে, মুংঙাইববু হৈত্রবোই !
মতম কুইনা য়ারকপা হুনা সিঙ্গাং ওইহুনা
কপ্প মুংঙাইরবোইয়ে মুংঙাইবগী হায়রুবা,
ঐথোইদি নিংথৌ কাদি ওহ্ হায়বস্থ পামত্রে,
খম্বা ওইজনিংঙ্গেদো নিংথৌনবু কৈদৌনি
খম্বা হায়বা নিপামে। সিদা মুংঙাইঙরিবা,
অনিসিগী মবুকসে মতা অমা হায়হুনি !!"
মুম্বা ঙাংনৈ। কনানা—"খিত্তি হাকমমথরে হহি।
হায়মা শাওনরকপম্ব য়াওই, মুংনি কনানা।

মমাই খম্নুবত্থদা—খম্ব্ চিন্থান্দা লেংই
ৱাঙাং থোকপ ঙমজদে মমায় চেংলৌ অদো
সংসং সংসং—উরকই মত্থু নিংথৌ উবদা
মপাই মূর্ত্তি ওইখরে। খম্বা শংত্রিক য়েংঙগা—
খুমল ইবুংঙো!—'চেম হল!—পলেম পম্থৌ নৈরৈদি
ঙাঙোইদনি ইচেম্মা।—ইচেইবেম্মা তাকপিয়ু!
সেংনিং চানিং অপুম্বা নিংবা থুংবিরক্কবা,
নত্থু নিংথৌ য়োকপদা ভীক্ষা সিখা তৌরকপা,
ঐনা ঙম্বা মথৈদং মংগী সেবা তৌজগে,
ইমা শকপী তাকপিরো।—ইচেম কৈনম্থু ৱাংতরে,
মাত্থু নত্তে ইবুংঙো নোংযাই নংগীদমক্তি।
ইচল নৈমা 'বেম্মনা লেংবিরক্লে ঐগীদা
মাসি থংই অসিবু, তালোই তুথি তম্বাইবা,
লংমাই ভেংনা যুমগাবা অম্বুম্ হাযনৈ ইবুংঙো!
শাগৈ নাত্তে তিনবদা—নৈপাক খম্বা কাল 'মদা
হৈনাই-ম্নুং-নাইদবা ইবা হায়নৈ ৱাকম অসিমা।
লুচোংবা হায়বা অসি ইচেম পামই ইবুংঙো!
মমাংঙৈদা হৈজিং পুরে,—মং কুপ্নি হায়বগে?—
ইচেম ইবেম্মা ঐনা ইচেগী য়াকা য়েংবা
মতাং চানা হায়জবা নত্তে নত্থু নিংথৌনা!
তাকপিরিবা য়াথংদো য়াম্না পামজরে ঐনা!—
হুদি ইপাই 'বুংঙোইদা চংলে ইচেম্! (থোইবীদা)—
"হা ইবেম্মা! ইবেম্মা! ৱাংগোন চম্থু য়াইকবী!—
খুমন-চম্থু-থৈয়োইবোন খোংয়াই চম্থু পোন্জেম্বী
ইমম্মা ইবেম্মা?—চান-থক-পুম্নক-তো,
সেম্নু মপু মনাইনা তৌরম্মুকো ইবেম্মা!
ইনম্মদি পম্থৌগী মংগাই ঙাহাক য়োক্লগে।—

কনি' নম্মা ইবেম্মা ।"  হায়রে থোইবী লেম্বুনা
সোমদা অহুম নোমহৌরে। খম্বু থোংলেন-তমখরে।
কেনা মৌনা চংচদে মনাই অমা লোয়নদে।
হায়রে লমজা অত্তাক্কে অরু লৈদা নুকথজে।
লৈচিল লকী থাজগুম লাকই ইমোং মোংনা-হুম ॥
থোংলেন থোংলেনবী অনি হৌই ভত্তা অনিদা
থুমন মাইদা চংনবা ঙাংনরমই মাংগোন্দা।
অহল-অনি উবদা খম্বু থোইদৌ ফুকখরে '
মমাই মপাই গুন-হুবু মচাশিংগী মফমদা
অম্মুম কুইর-কুইরগা গুন-হেংগৎলকই হায়বা,
ধর্ম্ম লৈবা মচাদি খম্বু খম্বা অনিদা,
থোকএ খম্বু কপখরে। কোরৌ নোংগাখরবা
পলেম পম্মৌ নিংশিংই। সুমাং চিথেক য়োবদা
খম্বু মপি তৈখোকই মচা লাকপা উবদা
থোংলেনবীনা কোন্দুনা পুসিনবিরে খম্বুবু।
"ইমোম 'বেম্মা কপ্পবো—কবিদৌরে ইচাবো"
হায়না চেংলৌ চুপখরে। মপা মমা অনিদা
খম্বা লুহোংনবগী রারম অহু তমজবে ॥
"ইপা খোইম্বু খল্লমই—ইমোম লাকপনা হায়ে—
য়োং-নমা য়াহৌথেংসে, ভত্তা চংলু হায়রগা
মাননিনে ইপাদি, ঙরাংনা চংলো হায়বা।
থংঙে ইপা নমামগা তানরক্কে লাক্লগে,
নমানচা য়োরম্মো। অরৈমথৈ পুখরো।
নংগী ঙাক্কি ইপায়দি থাদোক্রদি য়ুম অদি,
ননাইশিংসি রারকপা ঙমত্রে নহোয় রারক-ও !!
—হাই হাই য়ুবা —ইবুংঙো ! চংলো 'তাওগা ইচনপা
মবাই কৈরোইজাবনু থিরে কৌক্ক য়োত্রিত্রা ?—

য়ৌরে অঙ্গ " হায়দুনা নোংথোন ঙমদা থুংখরে ।
নোংথোনবী নোংথোনবা তানয়ম্‌ই থম্‌গী বা !—
"খুমন মৌপুবাগীদি লোইরে বেন্না লৈতরে ।
ইমৌ 'বেন্মা খম্ববু লুহোংনবা তৌবনি ।"—
ঙাংনরিঙৈ অসিনা মুখা চর চংদুনা
থোংলেনগী পাও তম্বুরে । থোংলেনগীদা নোংথোনবা
লাকএ নোংথোম্বীন্নু । মকু থুংঙক্রিঙৈদা,
মনাই মশন খম্বগা থম্ব মমুম য়ৌখরে ।
থোংলেনবীদি লৈকৌরে । থোংলেন-চাওবা অনিনে
তালোই অনি, মরিনে, কৈরোইজম্বা মচানে,
মরি বাতানরকই । থোংলেনবীনা—"ইচাম্বা,
পলেম পম্থৌ অনিবু 'নিঙেঙাব এম্বা হৌদোকই
হায়না বাযৌথিগনু' হায়না ঙাংঙমখদবু,
কয়ম কাওনি মুংশিন্ত্রে" 'সিনচিংবা বাদগী
ঙাংনরকই বাকমসি ॥ থোংলেনগীদা মরবাক্রে,
ওইনা ফম্বা কাংবুসি মথল মথল ওইরকই ।
কাংবু কাংবু ফমদুনা খুমন মগুন ঙাংনবা,
অসিদদা নৎতরে মোইয়াং য়ুমথোং খুদিংনি ।
থম্বা থম্বা হায়রুনা উচেক বায়া কাওবসি
মাম্ব ওইনা সোন্নব্রে । থোংলেন-চাওবা তালোই-শিং,
সিনা মুংঙাইনখিবা পান্দন অমা লৈতরে ॥
চাওবনা —"ইতাও মন্ত্রি । 'কম্রি বাবা লৈরিবা ?—
নোংথোন থম খয়দি বান্নি ইতাও, করিনা,
কম্না নোকপ হায়বসি মচিন মনাওনিদ্রো হা !—
মানি ইতাও অহুবু—অনি নোকপা ঙম্মরোই ।
মনাওদুনা ময়োকও—কপ্ল হায়বা অহনদ্রো,
তাম্মোকথরো মন্ত্রিবু ।" হায়রনে কাম্মি তৌনরে ।

অনি কাগি তৌনবা য়াম্লাং অসি তারগা।
তাল্লোই অহল ওইরবী নোকচৈ অনি অহুম্ ॥
মরি লিনা চান্নবা পান্দম থৈলেতে। খমোইদি
অমত্তনি হায়বা য়াই। থোংলেম্না—"তাওনে ইতাও!
মনাও য়োকউ "কম্প্লিংবা" ময়াম্বা থাদোকখো হায়।
মচেম হান্না পোকপন্না হোংদানা করি হায়না—
খম্বা লুহোংগদগে অসিবু হান্দকীসে
মতা অমা হায়ত্রুদি নোংমা নিদি খম্ববু
হানখিবনা চুম্মোইদ্রা? খল্, খল্, নোংথোম্বা!"
হায়রে। মসি তাবদা নোংথোন্‌বা লোংথোনবী 'নি—
"মুংঙাইরেদা ইতাওবু–তাদৈ 'বুংজো মুংঙাইরে।"
জগোই শারে অনিদো!! (জগোই শারে হায়বসি,
লাইরিক সিগী মাইহেনি,—জগোই থেকপা তৌরুদে
য়ান্না হয়াওজখরে হায়রুবগী মাতানি)
"ঐখোইন্দু 'হুনা পাম্মে খোইদোঙ্গা" হ্যুম্ হায়নরে।
খুয়োন্ পাঙ্গি, ভাখয়াকপা পাঙ্গি, কেগ্রেহনবা,
অহুম অসি কৌরুরে। অঙম্বগী গুন-চুমে
খম্বা মুংশিবগীনে লাকই হয়াও হয়াওনা ॥
পরু য়ায়না য়েংবদা হোদে হুয়া অমতা।
কালেম থাগী শিদোবা মঙানি থৈরিথৈদা,
কবো লোইদৈ-লাকপনি। হুমি কংলা বিচার,
নিমিদা কৈ কাবনি। "পাংখংলকপা ইরাইদা
করে" হায়না হুমিং পিনখরে পাজিশিংনা ॥
"খবৈ-দৈ বার্তোন হোরে" হায়রে। চাওবা-থোহলেনা,
মনাই মখন অরৈবা লোইনা লোয়নরহুনা
খমগীদা থৈখরে। খোয়াং পুম্বা তৌখরে।
অহলবা মং মখয়ি অম্বিবদৈ পেবগু

খোৱাং পুয়োই লোইখয়ে। পম্বৌ হাক্তকণ্ঠশীদি
শরুক কয়া হেনখয়ে। নিন্থোংবা অসি লেপ্তে
অহিং পুংথিল নাইথিল্লে। থোংলেন চাওবা-কাখয়ে।
সনা চোরোন খুরমগ্রে। নিংথৌনা হেন্না পামই।
যুবরাজ য়েংখয়ে। "তোল্লি যুবরাজ ঐদি—
তরা পোকপ নংতবা ইমোম ইচা ইবেম্মা!
লোইদা থারুই ঐসিনা। লাজদবা নোংয়াইবু,
সমুথোংদা য়েৎলুইকো।" হায়না যুবরাজদো—
মবুক নৌবা অঙাংশুম কপ্লে সিংশিং নিংশিংনা॥
থোংলেন চাওব অনিদা "ইপু অনি তাবিয়ু—
নিংথৌ ইচিন ইনাওশী, ওইহুনসু লাকইবা,
ওইবিরিবা হৌজিকসু তুং-সু অহু মঙাইদো
পাংগল সয়েং ওইবিনি। ঐদি হায়বা থাকপিয়ু।
য়াম্বুং-ইপু অনিনা করে হায়র-লোইরেদো।
খুমন মাদি ইচানি থোইবী তুনা ইমৌনি।
নিংথৌ ইচিন ইনাওনা অমন-থরৈ কুমগ্রবা,
মতম তুদা ইমাক্লা ইথৌ তৌগদবনি॥"
হায়না যুবরাজনা মিংতা পি তাব-মমৈ
থমোই শোক্ল লাওখয়ে। "শনি কৌবা লাইতুগী
চক্রি 'মনা তৌবোইরে" থল্লে ময়াম অতুন্তু॥
যুবরাজনা নিংথৌদা—হংগৎলক্লে—"চোরোন্দা?—
হায় ইনাও করিনো?—চোরোন কৃপা তৌবিয়ু।—
ইপু খোইসু তাবিয়ু। ইমোম থোইবী মহাক্লা
য়েংগমদরে ঐথোইবু। সিজু ইরম-চৎননি,
ইচানত্তে। অসিবু খুমন ময়ুম নাক্তদি
নৈনা লুহোংবা হায়বা মাসি মতং ঐহাকপু।
অপংবা যুবরাজ সনা চোরোন—ঐথোইদি

নিজগেনে খাইদগী।" হায়। নিংথৌবা—"ইপু-থোই!
শানৌ ভোম্বা শিরিবা।—অর্জ্জা! মনাই ঐথোইদা
থোইনা পাম্‌ই ইনিংথৌ।- ইনাও মরে! রুবেদা,
মঙ্গান ভস্থা মরিগা লোইনদনা ইচাবু,
খুমন মুমদে লৌরুমো।" হায়না য়াথং ভাওথরে।
সনরুপ্পা লোলাইনে—চোং-সেকপিন্ন—থোইবীগীদি
পোৎলোই সুনা পুহনা—নিংথৌ ভালোই মঙ্গান-শিং,
ভম্প্যাক খুমগী নিপাননে—কৈদা চৈগা লোইনদনা
কোন্নুং কাংবু থুংখবে খুমন মঙ্গান মাইহুদা॥
মীওই-পোকপা হায়বসি বিশ্ব পিভাগী থৌজান,
প্রকৃতি শিক্ষা নৎতনা কৈম্ন ওইবা নত্তে!!
বিশ্বপিভাগী কৃপানা মীওইবা ঐথোইদা
ভাবা উবা হায়বদি—য়েংননবা ইমিৎনে,
খঙনবা রাখয়ে অমম্‌-অভান অনিগী,
পান্দে অনি পিবিরি—সিনা খোরজে কোর্ব্বাক্লি।
পান্দে অনি সিভনা জীব ময়াম সিদগী,
মকোক ওইবা হাযহুনা সোম্ন শরুরিবনি॥
অবাবা, নুংঙাইবা, পোকপা, শিবা হায়রহুনা
শিক্ষা পিরি ঐথোইদা লাইরিক অনি অসিদা॥
লাইরিক হায়বা অসিদি প্রকৃতিগীনা লীলানি,
মীওইবগী মপোকনি।—মীগা লাইগা অমিনা
সাহিত্য হায়বা বাহেসে পোংচং ওইহুনা থোকই।
প্রকৃতিগী লীলাদা ভাবোক ওইজরুবগা,
লীলা হুগী মতাংদা অবাবা নুংঙাইবা তাঙ্গা
উজ-তাজরুবদা ভাবোক হুগী মমিৎতা
ভাবা মপি অহুনা সাহিত্যগী মরুনি॥
লাইগী, মমিং কাওববা কুর্ব্বেরগী লংগৈদা,

লাইগী নিংথৌ ওইরবা লোর্মারেনগী কোর্হুংদা—
সংসারগী মপাল্লি নার্বান্ লথী অনিগী
গোর্মুক্ হায়বা অহুদা, লন্গী মপু ওইরবী
লথী মাগী পুরকৈদা "সাহিত্য-মনি" কংদে॥
পাংগল, থিংমে শোল্লবা মীওইবদি তোল্লবা
মাগী থাংগোক শত্রুগী, বাগী কাংথক-চক্র-লক্,
হিগ্লকমগী কম্ খাদা, সাহিত্য মনি মহাক্তি—
ফংই খুজোক খুজোকপু !! লাইরবা মীগী ইংথোন
চাওগোই সুংগী লৈকোন্দা সাহিত্য কৌবী লৈমাং,
শাংলি ফুগাইনা !! অর্ম্রপুর কোনুংদা,
নর্দ্দোন্ কার্নোন্ লৈকোন্দা কংদে "সাহিত্য" লৈমাং ॥
"সাহিত্য হায়বা লৈ-বু—করি মচু মানবগে,
মনা কয়া পানবগে, মপান্ কয়া চাওবগে ?"
হংলবদা তাকনবা চপ-চাবমক্ প্রমান্দি—
মমিং সিমা হায়রগা থংননবা পোশকতো,
মীনা শেম্বা ওইবনা য়াওদে লাইগী খুৎসেমদা ॥
থোকইবা লীলা হুগা য়েংঙিবা ভাবোক হুগা,
চৈরক লমদম অহুদা, অমি অসি শম্না,
ভাবোকতুগী থমোইগী লোক্লুংদগী হোৎকপা,
লাইজ-হুন্না থুম্মবা ; ইতোপ তোপ্প নহাক্না
য়েংখিবদা উম্রিবা—ইপাক সিদা শাংলিবা
থরো থম্বানশিং অদো, অহুনি, সাহিত্যগী—
লৈরাং লৈমাং হায়রিবা শিঙেল লৈশক শিং-অদো ॥
মতম কুইনা ইরিবা পম্মা ইকোয়-কোয়রবা,
লমদম হুগী ঙাশিংনা ইনৌ থৌবাং ঙকপদি
লাংতকনবা থবাইনি। খোমুন মাগী নোংদম্মা
কুমগী ইনৌ তাররে। পল্ অহবু লমথাইরে।

তোরে কুখুল-ইন্দুনা হাবোমক্রে ওাশিংদো ;
ইনৌ মতুং ইন্দুনা 'নোখা হপ্পা লক-তুনা,
লাইজ ইনৌ অত্তুদা—অখেল মরু থৎনদা,
চৎনরকপা অত্তুদি মিংতানরে য়েংবদা ;
অয়েংবনা মুংওাইখিবা' অচৎপনা পেনবা,
মতৌ হুগুম ওসিদি—মোইরাং ভাঙৌ-লমদমদা
কোম্লুং-ইবেম্মশিংনা—খৌম্লাংবদো থোইবীখু
কোক্লখরে উমরে। অয়েংবনা পেন্নরে।
লাইজ ইনৌ ওইবীনি মঙ্গাই বেশ্মা থোইবীনা।
মমাশিংনা লেপ্পে ওই, হয়াওনবা লোইমরে ॥
হয়াওনরে কপ্পে নোক্লে পুম-য়াম ওইনা য়ামরে।
বারমসি হায়নখরে। থোংলেন চাওবা অনিনা
হায়রে বাসি থোইবীদ থোইবীনা—"য়াম্মা ফরে !
ঐবু পোকপা ইপানা হায়বা বা অত্তুবুদি,
ইকুই য়াথং অসিনা অরুবনি।" হায়জখি ॥
মমা নিপান অত্তুগা মঙ্গান তরা মখিদা
থোগল লাংগন পুম্বগা সনারুপ-দোলাইদা
কাপ্রে মপাম কোম্লুংদা সনা চোরোন রোথরে ॥
থোইবী লোখৎলুবদা মঙ্গান মহারাণীনে
মাবু পোকপী মমানে এংখুরাংবী কৌবিদি,
য়াওদে অনি অসিদা। মচাই চেংলৌ উদবা
লোইদাম মশিং য়াম্নবা মহারাণী মঙ্গায়া
থোইবী কোম্না কপখরে। হুইগোই-শিং এন্‌গোই মান্না
মচাই মায়থোং চুপখরে। নিংথৌ সনা পুক্লিংদা—
"অমোনবা লৈরাং শিংগুম্—নোঙ্গবী ইচাবু,
কবো চেন্নবাক-লক্তা খারুইদকো ইচাবু,
নৌজবী মথোংনা কবম চৎলুরিগবা,"

খম্ন্‌বদা কপখরে মমোম থোইবী কোম্‌না ॥
মুরা থোইবী মচাবু নিংথৌ মহারাণীনা
লায় লায় চুপপিরে। হৌখিববু খল্লগা
কপই। চুগা ওসিগী খল্লবগা হরাওবৈ।
অমুক কপই অমুক নোক—ওসি মোইরাং লীলাদি
লীলাসিগী মথক্তা লীলা অমা ওইরকই ॥
নুরা মাগী মরান য়াই—খাংগোম-সংদা থিল্লক্লে।
মচা লাকএ হায়রবগী পাও অহু তাজবদা,—
এংখুরাংবী মমাগে চিংখুবদি মপাগা,
চেম্থোরক্লে অনিদো—মন্‌জেন্‌বুং য়াংবী কাওবা।
মমা মপা অনিদো উকথু উকথু তুরকই,
মচা উনিংবদগী ফিংনা চেপ্পরকপদা ॥
"ইচাবু ঐনা, করি লাইনা ইন্সিনবিবনো,
কবো লোইদা থারুবা ইমোম 'বেম্মা ইপাবু—"
হায়না চিংখু কপ্লকই। এংখুরাংবীনা—" 'চাবু
ইথা মুংদে শেংতনা থোয়ুম কনায় খুজিন্না—
ইমাই 'বেম্মা হা থোইবী লমদম কৈদা লৈরুবা।"
হায়না কপ-কপ্পু্না চেনসিল্লক্লে থোইবী তম্না ॥
মমা মপা উবদা ইবেম্মসু তাওখরে।
মরিক মকোন থংখিল্রে—দোলাই থক তৈ চোংখরে॥
সনাই-লৈত্তেং অপুম্বা লোইনা পুম-চাই চাইহৌরে।
নুরা চেন্সিনখিহুনা মপায় থোংদা তুরুরে ॥
সমু-থোংগী মুমিংতা ইমুং চিংথৈ মমাংদা,
নুবা হোরি মখুংতু পায়রহুনা থোকখিবা,
মুমিংতুদে থোইবীদি তমপাক মুমদা লৈখিল্রে।
কংলাদগী অহুম্বা খম্বা মাগী ময়ুমদা,
থাখিবনি বিচারদা খম্বা লাইকন্নবা ॥

খম্বা মমুম নাক্তগী ইমুং অমা লেপ্লনা
ঙৌখংলগা চিংখুবা, মচা লোইদা থাবনি ॥
কবোদগী কাবক্রে মপায় নাক্তা লাক্তরে।
কুখী লৈশোকপুংদগী লাংগোই মাবু তোংদুনা
য়োঙ্গ্রে খুমন নাক-তুদা—লোইদাম কুইরে উদবা !!
অদুম অসি উনবা ওসি কোয়ৌ অসিদা
কপ্পখিবা অসিদি —উচেক ৱাল্লা কাওবনি—
কয়ে মখোই মত্তৌদু উরকপদা ময়ামদু ॥
মপা মমা অনিনা য়েংকা ওইগা কোন্দুনা
মনাই ময়াম—য়োমদুনা চিংখু সংগাই য়োখরে ॥
মপায় হোজং অদুদা থাদোই মখোং শাম্মনা
হেক থাংজিল্লকপদা-ইংখোন দুদা হৌরিবা,
সংগাই হৈকোন লৈকোনগী—মরৈ তম্ন-লৈরম্বা
মপুং-ফাদবা লাত্তোল; লৈরাং শিগংনরম্বা;
সনাও মথৈ মমাগী মখোম থরুরমদবা,
উনাশিংনা অপুম্বা, পামেল কুচু থোকতবা
মিকুপ অসি' মদুংদা লৈরাং কোং-কোং শাৎকাইরে।
সনাও শিংনা চংদুনা মমায় মখোম থকখরে,
ইমা ইচা হায়দুনা কাওরেল, লাংগোই অপুম্বা,
খোংনরক্রে থোৎ খোৎপা। পামেন নাপুং কাখরে।
উচেক ৱাল্লা অপুম্বা পোম্বী মতু খিংখরে,
থরাই ৱাওদ-হকচাংদো অমুক থরাই হাপখরে !!
সেম্বু মপু মনাইদো নুরা নিংঙোন কান্দুনা
মনা ময়াম কোয়দুনা পোৎথাখরে অমুম্বা ॥
খম্বগীরোমদা খোংলেন-চাওবা কৈরোইজাম্বনা
মপামগী ওইখরে। রোংথোনবী খোংলেনবীদা
মোইরাং কৈথেল মাপন্দৈ মনাই নিমু ৱাংথৈগা

কোরৌ কয়ানিদগী হৌগ্রে পোৎ-কৈ লৈবদি।
কোয়ুং লোমগী মরোল 'মা অয়োনবা মীশিংবুসি
অরৈবনা হেন্নক্লে। থোইবী থইগে লুহোংবা
থৌগী মরম অমত্তা থোকাংনবা মতাঙুম
পোৎলৈবীশিং অহুবু তানরকই ময়ামসি।।'
মুপীরোমগী নিপাইশু মুখিৎ কয়াই মাংদগী
বার্তোন্ তৌবা হৌখরে। কৈরোইজাম্বা লেঞ্জুংবা
মকু সনাং নিংথৌগী বার্তোন্ পুদনদি,
কবুই থেম্বুং য়োংখরে। বার্তোন্ অসি ফংবদা
মঙ্গই মপা ওইরবা সিঙ্কই মপু থোক্লবা
সনাং নিংথৌ মুংঙাইবে—সনাং মাইবী হরাওরে॥
কৈরোইজাম্বনা "খুমন্ ইসেন খম্বগী হান্দক
কুজ পোৎসি ইবেম্বু য়াম্নগনি শোইদনা
লেংঙকতবা মাদেদি হাম্বরকই" হায়না তমই।
মায়ম অসি তাবদা সনাং মাইবা মাইবী হরাওরে।
মুংঙাইবনা অনিদো সনাং মাইবা মাইবীনা,
পুমেন ভাম্বৈমবু কৌরে কপই-"ইবুংঙো!
হা ইচন ইবেম্মা—নুজা পুন্সি তেনখিবী!
নহোয় অনি লৈবৈদি মুংঙাইদনি" হায়রকই॥
"ইমাক হায়বা নহাক্কি পারি নংবু ইচানি।
মুংঙাইরেদা ইবুংঙো।" হায়রে কৈরোইজাম্ববু
সনাং মতৈ মনাওনা চেংলৌ চুপই কোনখরে॥
সনাং মতৈ মনাওনা পোকপদগী পৈরকপা
মরন মথৈ পুথোকলে। নোংমাই মপা মনানা
সনাং মপুংয়াইহুদা লাংলম্বদা থনবা
মরল লৈরি মাহুত্ম সনাং নিংথৌ খিৱক্লে।
কবুই লোইশাং মাপনদো পাঙ চেনখরে নিংথৌমা।

অরৈ মথৈ থুংঙরে। থোইবাং অমগী লৈপাকতা
ফঙঙাইদবা হৈ-লৈ-নে, অদা অথক্কী জাৎনে,
ফজবা পোৎকী জাৎতা চিংদা সিনা মথোইরে,
হায়বা পোৎতা পৈরকই। চিংখোং লাক্লো কাঁদগী
হুপীগী খাংচেৎ কাওবা লৈরুম ওবোং কাঁদ-কাও
চিংগী কাঁগী জাৎ থুরে। লিকী কোনগী জাৎতনা
অরাৎপাইবা লৈতানা পৈরকই সলাং মাংদা॥
থাং মন্না থাংনবা হুং কাওবা য়াওরে—চিংথত্রে॥
থাংগী তাগী জাৎ-তনা ভুম-শৎ-কাওবা য়াওখরে।
শল-ইরোই-হামেং ফজবদা পৈরে লোইখরে।
হুইগী জাৎতা থৌরবা খুমন মহুম শংনবা
অহু কাওবা বাৎতরে॥ হাওয়াম তিনবা হৌরক্লে॥
খম্বা মপা সলাংবু সমু-নমদা পুহুনা,
লমজেন তারখিবা, হৈ হেকপা চৎপা—হৈজিংগী,
হাও নিপা কুম্বরানে, শায়োকপা তরা মঙা
খম্বা মাগা থেম্বুংদা মুন্না শারখিবশিং—
মন্নুং চনবা মপাগী হাওগী মথৈ তিনখরে।
কবুই লোইশাং মাপনদৈ অকনবদা খম্বুনা
পৈরে হাও-পাখং পুম্বা। মশক ফজরবদা
সিনা লোইরে হায়রবা লৈশাবীমু মোগী জাৎতা,
মীয়াই ওইবাদগীনা হাওমুপী নিপা পৈরে।
"অরৈ মথৈ পুগনি ইচাই মরল শোকহল্লোই"
হায়না ময়ামহুগী মুক চাক্লনরা কাওবহু
সলাং মানা লাংহুনা তোংঙান অমুক শেমখরে।
হাও চনি অমনা খ্বাইগী পুরকই চানবা
হাও চামরি অমনা নোংয়াই মাগী পোৎপুনৈ।
কৈরোইজাম্বনা মাংদা ময়াম ভুংবা ইম্বুনা—

সনাং মাইবা মাইবীনা দোলাই-থক্তা-য়াইদা-লেং,
কবুই মপুং য়াইদগী মোইরাং মায়কৈ পাংলক্নে।
জুহোংবগী কীজোন্দা শেল্লক চারক লিবনে।
থাংগ তাপা ইলংলং থাপ্লপ্ল-দৈ য়েংবদা
মুতক ঙাংনা শংইবা চিংগী চিংমায় অসিদা
হাওয়াম সিনা লাকপ-হু পুক্লিং হুরে য়েংবদা,
লুম্না মুক্না ফজরে। ময়ামহুনা সিল্লকপা,
হোই হায়বা থোক্ফমে সেম্বুং মৈরকই হুই-মথোম্মে।
থাংজিং চিংমায় পাইদোমে, খাংঙে থক্-থক্ নিঙ্কুনা॥
মোইরাংলোমদা—ময়োল 'মা, খুমল লোমগী বার্তোম্মে
কোন্নুং লোমগী অমনে, পোৎকী চৈগী থিনবা,
থোইরাং ময়াম অসিদা সিন্নরকপা অহুগা
লৈত-লাইর পুম্বনা কুমৈ অসি য়েংনবা
মাগী লৈতবা থিন-হংনরকপা অসিগী,
চরৈ কীদা নংনবা পোৎসিমা নংছোয়রোই,
লোক্তাক হিরোং খোনবনা-খুমন মাগী মিতম-ঙা
মশিং য়াংপা য়াদেকো সিগী ইয়ৈরকপনে।
থুলক হৈয়াং লৈরাংবু হংন-থিনরকপনে,
থাংয়েন কীয়েন চরৈগী নংঙোই হায়না শারকপা,
শম্মজেং হৈজ্রাং কাতিবু মশিং সুয়োই হায়বশে,
তেক-তাক য়েনরকপনে। সগোল পাঙনা চেল্লিবা।
লোইশং-লোইশং খুদিংদা অঙম অথৌ তিল্লিবা,
চোংলেল-লীলেন থাহুগী তমকা মাগী হৌনবি
পুম্নমকসি লাংঙকপা!! সিগী নিন্নরকপনে—
হাওয়াম অসি' থমিনে লোকতাক উচেক পাইথংলে।
মোইরাং মায়কৈ য়ুহারাবে মতা অমা ওইরে॥
বোন্দা লৈবা শাশিংনা শহি কৈনো—খম্বা থোইবী,

মুহোংগদোৌরে" হায়নৈ। শা উচেক কাওবা লাংশ্রে।
মোইরাং পুমনিন্ শিনখরে। খুমন খরাই খোংজিন্দা,
সলাং মপা মমাগা থুংশ্রে হাও-চাতরুক তৌ।।
সলাং মাইবা থুংঙবা সনা কোম্মুং তারক্লে।।
চাওবা থোংলেন খম্বা খম্ব্ খোংলেনবী নোংথোনবী—
মমাই মশন লোইননা তরুক চেম্ণোকচরক্লে।
খম্বা খম্ব্ অনিদো মমা মপাই চোরোন্দো
তক্তি কথলে তুরুরে। খোংলেন চাওবা ওই য়েংতা
খম্বা মপা পোথরে। মমা অনি শাকনদা
সলাং মাইবী মমাবু নুরা খম্ব্না পোরে।
অহন' শং অমদা মমা মপাবু থাজরে।
মাগী মাগী মকমদা পৈরে অতৈ হাও-য়ামদো।।
হাওশিং চুনা পুরকপা খম্বা মাগী লৈরম্বা
পোৎয়াম-চুনা পৈরকপা য়েংবদা পুম্থন-থল্লে।।
হৈ লৈ থক্ষম লৈরকস্রে। খরই 'বাবা খোৗরাংবা
কোক্লনবা পৈরকপা চুহি সংগোম মক্তনা
মাঙোব কাওবা থনখরে কবোক হৈবোক লফোইমা,
শিং-ই-পৈবঙুম পৈরে। ওল্লাংবদা চাইনবা,
চন্দোন চক্থু মক্তন। পবেং পবেং থুংখরে।।
মীনা খুমন মাগীদা চৎখিবগা লাকপগা,
চিংন চায়না ওমদরে। নুরা মচেম অহুগী,
খুমন মাগী, অনিগী প্রেম্না তিনবা মীতিনশি—
মশিং হায়বা নাইদরে। থোংলেন চাওবা অনিগী
মহোয়' তালোই অনিগী ময়াম সিগী মরোল-'মা।।
নুরা থোইবী এহাক্কী মপল নিংথৌ, মপাগী
কোম্মুং মীনা কয়ামা। মপু মমায় য়েংচুনা
চিয়োন তৌবা কাংবুনা লাওরি খোংই-লাংইবা।।

মপান কয়রুবদা—"খম্বা মাগী কাহুদা,
খম্বাই লাওই হায়বগা নিংথৌ মচিন মনাওনা
ঐবু চাল্লি, অহুদি চেনবা থোকই" হায়রুনা
খম্বইদগী হেক-লাকই—তবি তবি হেক চেল্লি,
য়াম্বা নুবা মানহল্লী—মপু পনা মাংহুদা।
অহুগুম্বা মতুংদা কোম্নুংদগী খম্বই-ফাও,
কম্না অমা চেল্লিবা। চেন্ থদুনা থোরাংঙে,
চুহি সংগোম হৈরাদো—হৌরে মহোয়না চাবা॥
মহোয়হুগী মরক্তা হুরানবম্ন য়াওরক্লে।
অরাংকম তুক য়াওনবা, খম্বৈদবু ওইরম্ন
কোম্নুং মন্নুং লোমদরা দখিনা-দা তৌরম্ন
সিগী থুমরকই চিরোল তৌনরকইবা।
মহৈ মহৈ হুমরকই, ঐনা লৈবা পোৎনা
হোংই কৈদি হায়সম্নু—লৌশিং তৌনরকই।
মঙা পিবা পোৎ-তুদা অমা মানা হাপ্লগা,
মরি পি হায় উৎলরে। মীনা লৈবা পোৎ-তুবু
অশেংবদি মমনদো অতাংবদি ওইহল্লে॥
অহোংবদা লৈনবা হৌনবনা মমৈদা
চিরোল হৈবা মহাক্না পোৎতু লৈবা তাম্নকই।
মানা সুম্না তৌহুনা লৌশিংনা মরল তাল্লি।
সুম্বা কাংবু কয়া 'মা কোম্নুংহুদা তৌরিবা।
অরাৎপদি লৈত্তবা মপু মাগী ওইবনা,
থোইনা মহাম্ তাখিদে কোম্নুং সুম্না চৎলরে।
হান্দক থোইবী নুহোংবা কোম্নুং খবক অসিদা
ঐদি য়াবদি পুন্সি সিমগী চানবা,
লোহোৌরগে থোরাংবৈ। সোমদা 'য়াম্বা তোংহ্নুনা
মপুই থোগল তৌবসি অয়াম্বগী ওইবৈ॥

মপুই খোগন তৌরগা, লৈপাক মুংঙাইনবা,
হিরম. খবক হৌদোকে লৈপাক সিবু য়োকচগে।
নিংথৌ হায়বা অসিদি বিষ্ণু মাগী অংশ-নি
মাগী খোগন তৌরগা ঐগী পুইনা ওইজগে,
মাসি খনবা, মপুগী মনাই হায়বা অহুদি,
য়াওদে পংনা কনাস্থ। হান্দক থোইবী মহাক্কী
লুহোংবদা লাংলখিবা, লোম্‌দম্‌ কয়া মা॥
বার্ত্তোন—মায়কৈ স্বরক্লে, খুমন্‌ সনা কোক্লুংলা
খঙ্গে বার্ত্তোন য়ৌথরে। খুমন নিংথৌনা—" 'ওমা!
নহাক্না হোংলবরা হায়রু হোংজিবোইরেকো?—
অজ্ঞা! থোইবী হায়বীদো মতম খর নাক্লরে,
অহুনা পনবনি" হায়না খুমই কয়াংতাবা॥
মুবা কয়াং তাবা হায়বা বার্ত্তোন চৎপা সিনা,
খুমকইবা বাকমসি চাওবনা মেনখিবনি,
খম্বা মীরাই হায়হুনা নিংথৌ শাওনি হায়বগি॥
"ময়েক্কীদি ইনাওনি ঐনা নোম্মুপদৌনি।
অহিং লেমা চৎপদি কত্তে হয়েং চৎলগে"
হায়না নিংথৌ লাংথরে। হৈগুম য়াংবী লমদমদা
হি চদি থাবক লাকখ্রে, নিপা য়াংথৈ শংহুনা
অহিং লেকএ। খুমম্না মনাও লুহোংবদদি
লাক্কদৌরিবসিদি লাকতে হায়নি হায়বগী,
লাকপা মরাক নংতরে চংনিংবনা মাংঙোইনা
চংকে নিংনা থৌরাংনা, সুম্না তৌবা থোংকমনি॥
লুহোংবগী অরুক্কা নিংথৌ মহারাণীনে,
হৈয়াইসু কৌবী মানে—লৈপাক তেংগোন পুহুনা—
খুমন-সজেন-থোং লাক্লে, সুত্তী থোংনাং লাক্লুনা।
খুংলাক পাং শম্লকই। হৈগুম য়াংবী লাক্লুনা

পুংখাদা থাংইবা হিদা—নিংথৌ কাথংখরে।
নিপা চায়রিনা হি হোৎরে তেংগোল্ পুন্থনা,
ইন্নুং চিংথৈ মনাংদা মোইরাং পাংনা হোৎরে।
পুংরৈ শেংগোংলকপনে মীয়াম নিল্লকপন্থনা
লোকতাক ইথক হৌরকই॥ মোইরাং লোমদা নিংথৌনে,
যুবরাজ মনাওগা লৈপাক প্রজা থোক্তনা
খোংজিন হিথাংকনদা মোইরাং মথৈ ঙাইরকই।
নিংথৌ অনি' নিল্লকপা পুংখোন কাংসি বীনা-না
লোকতাক পুম-তাও তাওখৎলে- লাইজ থক্তা খুমনা'
কংকান থক্তা মোইরাংনা অনি মশক উনরে।
অঙম অথৌ কয়ানা বাকয়ৈ তোংঙে ওকউরে,
খুমন নিংথৌ মপুবু। মুমিৎ থোকপা অয়ুক্তা,
লিল্লাই-শুমা লুরবা লোক্তাক লাইজ থক্‌না,
কোরৌসনা মচুনা, য়েন্সম চরাং-এল্লিদা
মপান-মনা খিবিক্তা য়ৈরকপনে, মীয়ামগী
কীজোল্ নিংথিবা মচু, মথল নংগা কয়ানে
মতা অসি উবদা—য়েকখোংলবা সনাগী,
সেম্পাক থক্তী লৈরাংবু মাল্লে মীয়াম পুম্বদো॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌ মতাওবু,
কাওকাঙদা মোইরাংবু লুনা তৌবিথিবদো,
হান্দক লাকপিবসিদা লমন শিংগে নিংজরি॥
থম্মোই য়াওনা মুংশিনা ওকই মোইরাং নিংথৌনা॥
মোইরাং কোম্নুং মমুংদা খুমন নিংথৌ পুংথরে।
মহারাণী থোক্তুনা মহারাণী ওকথরে।
খুমন মনাও হংঙকই—"ননাও 'বুংঙো থম্বদি
ঙসি কৌবা মুমিংতি মাগী পুংজা নংতাবা,
লাকপা য়াদে হায়রুনা-মখুৎ মোংবা মাইহুনা—"

খুমই মোইরাং খুমন্দা। খুমন খম্বই মুমন্দু
চাইরেন নিংথৌ মাওকুমাকপা প্রজা লোইবদা
মঙ্গনজ্ঞদা খুংওয়ে। অরে মথৈ পুরকই,
কীনা লোমা পুরকপা মীপোং চামা চায়নি।
খুমন মুখ্যা পৈখয়ে। মলাং মাইবই মমনুদে,
খোংলেন চাওবা অনিদে, চাইরেন নিংথৌ মাপীদে,
মোইরাং নিংথৌ, চিংখুবা—মচিন মনাও বোলগীদে,
মায়কৈ তম্বা অসিগী পুকৈ মথৈ হোন্দুনা,
খম্বা মাইদা পুনখয়ে—মপুং ফারে খম্বগী॥
মপু মোইরাং নিংথৌগী সনা সংগাই মুমাংদা
মথোং নিপান মপুং ওই, খনখিবা মাগোব অহু
শেষ্ঠে লোইবা লৈখিদে, হৌজিক ফাওবা মশেম্মি॥
তপথখিবা মাগোব-তু কোমুং থুংবা থমখয়ে।
যাত্রাদনি মুমাংদা মুংজরুবা শাবনি,
মাগোব ওইনা তৌদয়ে 'হুম পুমখন খনখয়ে।
অমুক চাওই হায়বদি হায়রুবদা কায়দে
লৈপাক মরিগী মীনা কম্বনবা মাগোবনি॥
খুমন লৈপাক অসিনা উপিংবনা ময়বা
মীশক অমতংদবু মশক ইউ উরক্কে—
খুমন চন্ন খম্ববু। খুমন নিংথৌ মতাওনা—
"ইতাও নিংথৌ ঐপোইবু, খম্বা ইনাও উনগে
চংকে মাইদা ?—" হায়রকই। করে ইতাও হায়রুবা—
খুমন মহারাণীনে হৈয়াইখুনে নিংথৌনে,
খুমন মোইরাং অনিগী থৌগল লাংগল থরনে
খুমন লাইর-শং লোমদা লাকএ অয়বী পুংজাদা॥
পাও অসি হেক তাবগা মচিন মৌপুবা অনিদো,
মপা, মকু, মনেম থোইগা ডাইরে, খুমন জিংথৌ

মহারাণী অনিবু তাঙৌ পাংবী অরাংদা
লাইখুরেম্বী থোংজিন্না, পুন্না পোংলম পায়হন্না ॥
খুমন চহু খম্ব্‌বু থিংথৌ মহারাণীনা,
হৈরাইহুদি কৌজবি লোংঙাই চহু অহুগা,
পোকপদগী উদবি—উজনিংনা লাকপনি ॥
খুমন লোয়নী কাংবুহু অরাম্বা চাকথিবগুম,
থোংনা মাংদা থারকই । থোংজিনণ্‌হুদা উরে ॥
ময়াম নিংথৌ খুরমমে । হায় খংনবগী,
খম্বা মাগা কৌনবে—হংনরক্লে খম্ব্‌বু
মবুং খুমন নিংথৌনা লমজা খম্ব্‌ কোন্দুনা
কপ্লে । সনা খুৎতগী মুপ্লে মহারাণীনা,
মচল খুমন লাইরবী খম্ব্‌ কোম্না চুপথরে
হৈয়াইহু-না মনেম্ব্‌-চোবোন শোক্ল-খুরমই ।
খম্ব্‌ মমৌ কোন্দুনা কপই লাইরবী লমজা ॥
মকোক্লা খষ্বে মথোংদা শোক্লা খুরমজরে,
খুমন হৈয়াইহু অমুক ; লাইরশংদা ময়ামদো
চংপ্লে । অইংবা চন্দোন চাইরে পোৎথানথরে ॥
পোন্দা হাপ্পা উচেকপু থাদোকপগা পাংথক্লি—
খুমন্‌ মহারণীনে নুপ্পা হৈয়াইহু কৌবী
অনিসিনা হয়াওবা-খুমন লমজা ময়ান-য়াই,
য়েংই কোয়না চংতুনা, খম্ব্‌ কৌবী মহাক্লা
তাকই লিনা অহুনি, মুম্বা সুংঙাইনজবে ॥
মোইরাং নৈপাকতা খুমন্‌ মোইরাং কোম্মুং অনিমু
পান্‌বগুমে গুলিদি । খুমন লাইরা-সং অদো,
হায়ই কীবম মাংথরে । খুমন কোম্মুং ওইরক্লে ॥
মক্ল মক্ল ওইবদা থাদ য়াদে থারনি,
গুলি লুহোংবলিদা জিলনিখা লাকইবা,

মীসি অমমম্বা বাৎপা য়াদরবা ঙাক্তা,
কোন্নুং অহু পোথাইনা ভিমগদৌরিবা মীশি॥
নিংথৌ অমা লাকপগী লোইনররকপা হৌনবা
লাম্মী খোংমী কয়া' মা—সেবা লাংবা কয়া 'মা।
হায়রুবনা কোম্বোই মহোয়দনা ময়ামই।
অসিগী লাংনখিবা মতৌ লাংওন অমনি॥
খুমন লোমদৈ চৎখিবা কোন্নুং লোমদৈ থোরকপা,
তমপাক মুমদা খাইখিবা, তমপাক মুমদৈ থোরকপা,
খুমন লোমদা চংখিবা, লৈকাই খুদিং খুদিংদৈ
সনা কোন্নুং কারকপা, ইন্নুং যাইরেকপা কয়া,
থবক তাপ্পা য়েংহুনা মুমদা ঙাহাক চেল্লকপা,
ময়ুমদা লেকপা কাংবু-হুনা ঙস্তা ইরুরে।
ইন্নুং মচিল ওইমবুক হুগী চেংখৎনররকপা,
পোংকী অপুং অরাইগী মেম্মমবা থিনবা।
কৈথেন খুদিং চেল্লিবা—সিনা মোইরাং লৈপাক-ত্তো
হাপ্পা অমা ওইরক্লে তুখা হিপ্পা লৈরক্তে।
ঙসি লুহোংবগী মাঙোবতা চিংথৈ মরাংদৈ
মী ফমবা হৌরে। হুগী লৈ চন্দোন্দগী নিপা
চামরি-চামঙাম্মি, নুমিৎ যুংবা মতুংদা,
নিংথৌ অনি ফমথরে, পাত্র মন্ত্রি পৈথরে।
মীনা পুমফুন ফুনথরে। খুমন লোমগী হৈ-কবোক,
ঙসি অয়ুকতগীনি সনা কোন্নুং লোমদগি
হোনবৈ লেপ্পা লৈতরি—মীয়াম ভিল্লকপসিদা
পুনররকপা পোংশিংদি—মতম চানা পুদবা
য়াদবদা মপুরে। মীতম, ঙানে যাত্রানে,
খম্ব সিদৈ মীতনা মোইরাং কোন্নুংদগীনা
মোইরাং চেংগৈ অনিহু অহুম পুমশম, শম্নরে।
চিংদা হাওনা য়েংনরে মোইরাংনা লাংইবসি।

ঙসি মোইরাং লমদমসি মরক মরক শরম্বা
অচৌ 'চৌবা উরাগী অশং অশংব হুম্বা
উরে, অতৈ লমদমদি পুমণ্ডৌ ঙৌনা উখরে।
লৈপাক মশক উদরে। লৈনা কুন্না শাংলবা
লৈকোন অমৈ মতৌঙুম—মরক্তা কনাগুম্বা
কম্লাই কান্নাইবগী পে-দোলাই কীরাম্নচিংবা
হুম্বা মিংথিজবনা পুক্নিং অমুক নৌহল্লি।
লৈবাংশিংগী মথক্তা থোইমু কুয়াক কয়ানা
মচু মথল মথলগী পাইবগুম্বা নিংথিরি॥
খুমন মানা কারকপা সনা কোম্বুং য়োৎখরে।
মোইরাং খুল্লকপীনা সথা কোম্বুং লপ্পী কাও,
চাইথোক্লম্বা মীয়াম-দো, তিমপ্রে মাঙোব মম্বুংদা।
থোমুম লাইবু য়াওরক্লে। লাই-কোটী কুম্ব্া হুমদোই
মীগী মশক ওইহনা মাঙোবহুম্বা কমখরে।
'মগা 'মগা খংনদে—খুমন্দগী ওইরিনি,
মোইরাংদগী ওইরিনি, হৈরেম খুম্লাম্ লোমগীবা,
স্মা মহৈ মহৈবু শন্দোকনখি থিনদে।
থাংজিং মাগী খুজিম্না মাঙোব মম্বুং অহুম্বা
লোইনা পুম চন্ চন্ খরে। ভাবোক মথৈ রাংখৎলি
ময়োন হুনা কুংখরে। অমমহু খম্নদে,
লোইনা পুমউ উনরে। খুমন লমজা থোক্কনা
লুহোংকান্দা কমখরে। মজাইবেম্মা লেংথোক্লে।
খুমন মোইরাং নিংথৌনা হুমিং থাদি ওইরক্লে।
মহারাণী অনিনা সৃজিক থাবা ওইখরে।
পাত্র মন্ত্রি পুম্বনা থরান্ মিচাক ওইরক্লে॥
নিংথৌ ভুরেনগুমদি মশিং লাকওমখিদরে।
হৈগী লৈগী মনম্না মপুং কারে মোইরাংদো॥
মাঙোব ময়োন অহুনা পুম্রি লাইজ ওইখরে।

খোয়ুম লাংওন চংখোনবী নূরা থম্বাল ওইখরে।
চিংউ মাগী শাইওন্দা থোইনা মপুং ফাম্বা,
খুমন মচা খম্বনা চিংজাও খোইমু ওইখরে।
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈম্নাং পয়েং খুৎতা পাই।
সনাই সেম্পাক মথক্তা সনাই থম্বাল হাপ্লগুম
নিংথিজবা সন্তা মাং—সনা' মনি থাম্বগুম,
খম্বা য়েৎ-লোই নাক্তৈনা খুমন মাবু কোযরক্লে।
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈম্নাং পয়েং অহুবু
খুমন ওকতা হুকখরে। যেংওইননা চংহুনা
লুহোংফানগী মথক্তা খম্বগীদি ওইরোমদা
লৈমরেল লাংওন চংখোনবী, নূরা ভাভোই ইবেম্মা!
চোংলেল-লিলেম খাদগী, তম্ফা য় ইবং-চান ওইবী,
মোংযাই লৈপুম ওইতুনা ফংগ্রে মজা ইবেম্মা॥
খুমন মাগী ওক্নগী লৈরাং পবেং থোইবীনা
হুকখিবহু অমত্তং লৌথোকখরে, মবাইনা
ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা, মসেন খুংতু শেম্বিরে,
লৈরাং পরেং অহুবু পাইহন্দুনা অমুকতি,
থাদোই লৈরাং ওইবীগী নূরা মতুকতা অমুক,
খম্বা মানা হুকখরে। লৈপাক মীয়াম তিনবদা
খোয়ুম ময়াম ফম্বনা—থাংজিং ম্লাইনা চিংবনা
ুমপেন ওইনা পেনখরে। "থাংজিং ঐনা শিনবদি
িলা সংদিং ওইজরে"—লাওথোকখরে লাইয়ামদা।
াইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎপ্রে।
া থোইবী অনিগী মপুং ফাক্লে ল্যাংওবৌ॥

লোইরে

---